জ্যাঘোষতল নির্হ্রাদাদ্গদানিস্ত্রিংশবিদ্যুতঃ । দ্রোণাস্ত্রমেঘান্নির্মুক্তৌ সূর্য্যেন্দূ তিমিরাদিব ॥২৭॥
বাহুভ্যামিব সন্তীর্ণৌ সিন্ধুষষ্ঠাঃ সমুদ্রগাঃ । তপান্তে সরিতঃ পূর্ণা মহাগ্রাহসমাকুলাঃ ॥২৮॥
ইতি কৃষ্ণৌ মহেষ্বাসৌ যশসা লোকবিশ্রুতৌ । সর্ব্বভূতান্যমন্যন্ত দ্রোণাস্ত্রবলবারণাৎ ॥২৯॥
জয়দ্রথং সমীপস্থমবেক্ষন্তৌ জিঘাংসয়া । রুরুং নিপানে লিপ্সন্তৌ ব্যাঘ্রবত্তাবতিষ্ঠতাম্ ॥৩০॥
যথা হি মুখবর্ণোঽনয়োরিতি মেনিরে । তব যোধা মহারাজ! হতমেব জয়দ্রথম্ ॥৩১॥
লোহিতাক্ষৌ মহাবাহূ সংযত্তৌ কৃষ্ণপাণ্ডবৌ । সিন্ধুরাজমভিপ্রেক্ষ্য হৃষ্টৌ ব্যনদতাং মুহুঃ ॥৩২॥
শৌরেরভীষুহস্তস্য পার্থস্য চ ধনুষ্মতঃ । তয়োরাসীৎ প্রভা রাজন্! সূর্য্যপাবকয়োরিব ॥৩৩॥
হর্ষশ্চৈব তয়োরাসীদ্দ্রোণানীকপ্রমুক্তয়োঃ । সমীপে সৈন্ধবং দৃষ্ট্বা শ্যেনয়োরামিষং যথা ॥৩৪॥
তৌ তু সৈন্ধবমালোক্য বর্ত্তমানমিবান্তিকে । সহসা পেততুঃ ক্রুদ্ধৌ ক্ষিপ্রং শ্যেনাবিবামিষম্ ॥৩৫॥

---

ঈশিং থইরিবা অহুগুম্বা কৌরব তেঙ্গোল্গী মশক্ ওইরবা ঈপাকুনুংদগী কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনী অসি নাম্থোকৃতুনা থোরক্লে ॥২৬॥ দ্রোণগী শীরী খীঙ্বা কাপ্পগী মখোল্লা নোংগী মখোল্ ওইরবা, থাঙ্ গদানচিংবা কুপ্ফেৎ কাফেৎ ঙানবা নোংথাংগী মশক্ ওইরবা, অহুগুম্বা দ্রোণগী মশক্ ওইরবা নোংনা লাল্ফম্ নোংমদোন থন্না কুপলম্বদগী নোং অহু হাইদোক্কনা নুমিৎ থা অনীনা খঙ্হৌদনা হেক্ ঙাম্থোকপগুম্ কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনী অসি দ্রোণগী মথুত্তগী নাম্থোরকলে ॥২৭॥ বর্ষাগী মতমদা ঈথক্ ইপোম্ কম্ন হৌরবা, অকিবগী মশক্ ওইরবা জলজন্তু কয়ানা থল্লবা সমুদ্র পাংনা ঈরৈ কম্ন চেল্লবা সিন্ধুনচিংবা তুরেল্ তরুক্পু ঈরোইত্নুনা লাম্থোরক্পহুগুম্না কল্লবা মহারথী তরুক্পু লাম্থোকরক্লুনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনী অসি লাল্ফম্দা থোরক্লে ॥২৮॥ রাহৈশিং অসিনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীবু থাগৎতুনা কৌরব লাম্মী পুম্নমক্না কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্পু জগত্তা ফাওরবা; জগত্তা মপা লৈতনা কল্লবা মহাধনুর্দ্ধর অনীনি হায়না খন্নখি ॥২৯॥ অহুগী তুংদা; উরবা শজীবু ফাগদবগী পুক্রী মপান্দা মমীৎ কুপ্তুনা য়েংতুনা লৈরবা কৈ অনীগী মতৌগুম্ মনাক্ত নক্না লৈরবা জয়দ্রথবু উবদা, কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা মহাক্পু হাৎকদবগী শঙতুনা লৈখি ॥৩০॥ মহারাজ! মতম্ অহুদা কৌরব লাম্মীশিংনা "মখোয়গী মায়থোংনা মতম্ অহুদা অহু য়োনা কাহৎখিবহুনদি জয়দ্রথ অসি হাৎপ্রগুম্বনি" অমুম্না চপ-মান্নবা ঙাঙ্নখি অমদি মপুক্লোংদা লেপ্পখি ॥৩১॥ অহুগী তুংদা অশাউবনা মমীত্তা ঈকারবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক অসি মাঙমক্তদা জয়দ্রথবু উবদা থোইদোক্না নুঙাইখিতুনা' সিংহনাদ লাউরকই ॥৩২॥ মহারাজ! মতম অহুদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্ অসি মৈ-নুমিৎ অনীগী মতৌগুম্ তেজ্জতনা পুমঙাল্ ঙানখি। চুল্লী পারবা কৃষ্ণগা গাণ্ডীব পায়বা অর্জ্জুনগা অনীগী তেজতনা লাল্ফম্ অহু পুমঙাল ঙান্খি ॥৩৩॥ শদুম্ উরগা খুনুপ্রঙ লাংজানা হরাউখহুগুম্না কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা জয়দ্রথবু উবনা থোইনা নুংঙাইরখি ॥৩৪॥ খুনুপ্রঙনা শহুম উবদা পায়শিন্-ফুজিন্খিবগুম্ কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা জয়দ্রথবু য়াম্না নক্না লৈবহু

তৌ তু দৃষ্ট্বা ব্যতিক্রান্তৌ হৃষীকেশধনঞ্জয়ৌ। সিন্ধুরাজস্য রক্ষার্থং পরাক্রান্তঃ সুতস্তব ॥৩৬॥
দ্রোণেনাবদ্ধকবচো রাজা দুর্য্যোধনস্তদা। যযাবেকরথেনাজৌ হয়সংস্কারবিৎ প্রভো ॥৩৭॥
(যুগ্মকম্)

কৃষ্ণপার্থৌ মহেষ্বাসৌ ব্যতিক্রম্যাথ তে সুতঃ। অগ্রতঃ পুণ্ডরীকাক্ষং প্রতীয়ায় নরাধিপঃ ॥৩৮॥
ততঃ সর্ব্বেষু সৈন্যেষু বাদিত্রাণি প্রহৃষ্টবৎ। প্রাবাদ্যন্ত ব্যতিক্রান্তে তব পুত্রে ধনঞ্জয়ম্ ॥৩৯॥
সিংহনাদরবাশ্চাসন্ শঙ্খশব্দবিমিশ্রিতাঃ। দুর্য্যোধনং তত্র দৃষ্ট্বা কৃষ্ণয়োঃ প্রমুখে স্থিতম্ ॥৪০॥
যে চ তে সিন্ধুরাজস্য গোপ্তারঃ পাবকোপমাঃ। তেঽপ্যহৃষ্যন্ত সমরে দৃষ্ট্বা পুত্রং তব প্রভো! ॥৪১॥
দৃষ্ট্বা দুর্য্যোধনং কৃষ্ণো ব্যতিক্রান্তং সহানুগম্। অব্রবীদর্জ্জুনং রাজন্! প্রাপ্তকালমিদং বচঃ ॥৪২॥

শ্রীবাসুদেব উবাচ। *

সুযোধনমতিক্রান্তমেনং পশ্য ধনঞ্জয়!। আপদ্গতমিমং মন্যে নাস্ত্যস্য সদৃশো রথঃ ॥৪৩॥
দূরপাতী মহেষ্বাসঃ কৃতাস্ত্রো যুদ্ধদুর্ম্মদঃ। দৃঢ়াস্ত্রশ্চিত্রযোধী চ ধার্ত্তরাষ্ট্রো মহাবলঃ ॥৪৪॥
অত্যন্তসুখসংবৃদ্ধো মানিতশ্চ মহারথৈঃ। কৃতী চ সততং পার্থ! নিত্যং দ্বেষ্টি চ পাণ্ডবান্ ॥৪৫॥

উবদা অশাউবগা লোয়ননা মাঙোন্সোম্দা ফুজিন্খি ॥৩৫॥ দ্রোণগী লাম্মী মপৈদু নমথেক্ত্না
কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা চঙশিন্খিবহু উবদা মথোনা লৈরবা ; শগোল রথনচিংবা থৌজিনবদা থোয়দোক্না
হৈশিংলবা অহুগা দ্রোণনা মত্রগা লোয়ননা লালফুরিৎ লৌৎপিখ্রবা, নচাঈবুঙো দুর্য্যোধন অসি
জয়দ্রথবু কন্গে হায়বগীদমক রথ অমতদা তোংখৎতুনা লালফমদা চেন্থোকরকই ॥৩৬–৩৭॥
মহারাজ! দুর্য্যোধন অসি মহারথী কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীগী নাকল লোমদগী হাইগৎলকতুনা, কৃষ্ণগী
মাঙ্মক্তদা চপ্ লেপ্পরে ॥৩৮॥ দুর্য্যোধননা অর্জ্জুনগী মপাদগী লান্থোকখিহুনা লালফমদা চঙ্শিন্
খিবহু উবদা কৌরবলাম্মী পুম্নমক য়াম্না হরাউখিহুনা পুংশেসনচিংবা যন্ত্র ময়াম খোংগৎখি থৈখৎখি
॥৩৯॥ দুর্য্যোধননা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্কী মাঙদা চপ্হেক্ লেপ্লবা মতম্ অদুদা কৌরব লাম্মী
পুম্নমক্ মোইবুং খোংগৎলি সিংহনাদ লাউখি ॥৪০॥ মহারাজ! মৈগী মতোঙ্গুম্না তেঞ্জ লৈরবা,
জয়দ্রথবু ঙাক্শেন্দুনা লৈরম্বা অকন্বা রথীশিং অদুসু দুর্য্যোধনবু উবদা থোইদোক্না খুংঙাইখি
॥৪১॥ মহারাজ! দুর্য্যোধননা মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা লাকপহু উবদা কৃষ্ণ অর্জ্জুনগী
মফমদা মফম্ মতম অদুগী চপ চাবা য়াহৈ অসি হায়খিঃ—॥৪২॥ অর্জ্জুন! য়েংউ দুর্য্যোধন
আসে, ঐখোয়গী লাম্মী তেঙ্গোল পুম্বা নমথেক্ত্না লান্থোক্খ্রে। ঐনা খনবদা মহাক্
অসি হৌজিক অরাবদা তারবনি হায়না ঐনা খল্লি। অদুবু হৌজিক মফম্ অসিদা
মাগুম্বা রথী অমত্তা লৈত্রে ॥৪৩॥ মরম্দি, অর্জ্জুন! দুর্য্যোধন হায়বসে য়াম্না লাপ্না তেল্ কাপ্পা
ঙম্বনি মপাম্মোম কনবনি। অসিগী মথক্তা থুংলোয় পুম্বা লোইনা তমহুনা হৈরবনি। লালফমদা
লাকুঙম্ কাঙম্দবনি লীরুং পায়বদা মখুৎ চেৎপনি, মথল মথা অয়াম্বা লাল্ মশোক্না হৈবনি
অহুগা মপাঙ্গল্ য়াম্না কন্বনি ॥৪৪॥ অকন্নুঙাইমরক্তা হৌরকপনি, য়াম্না থোয়বনি, থবক্তসু য়াম্না

তেন যুদ্ধমহং মন্যে প্রাপ্তকালং তবানঘ ।। অত্র বো দ্যূতমায়ত্তং বিজয়স্যেতরস্য বা ॥৪৬॥
অত্র ক্রোধবিষং পার্থ ! বিমুঞ্চ চিরসংভৃতম্ । এষ মূলমনর্থানাং পাণ্ডবানাং মহারথঃ ॥৪৭॥
সোহয়ং প্রাপ্তস্তবাক্ষেপং পশ্য সাফল্যমাত্মনঃ । কথং হি রাজা রাজ্যার্থী ত্বয়া গচ্ছেত সংযুগম্ ॥৪৮॥
দিষ্ট্যা ত্বিদানীং সংপ্রাপ্ত এষ তে বাণগোচরম্ । যথায়ং জীবিতং জহ্যাত্তথা কুরু ধনঞ্জয় ! ॥৪৯॥
ঐশ্বর্য্যমদসংমূঢ়ো নৈষ দুঃখমুপেযিবান্ । ন চ তে সংযুগে বীর্যাং জানাতি পুরুষর্ষভ ! ॥৫০॥
ত্বাং হি লোকাস্ত্রয়ঃ পার্থ । সসুরাসুরমানুষাঃ । নোৎসহন্তে রণে জেতুং কিমুতৈকঃ সুযোধনঃ ॥৫১॥
স দিষ্ট্যা সমনুপ্রাপ্তস্তব পার্থ ! রথান্তিকম্ । জহ্যেনং বৈ মহাবাহো । যথা বৃত্রং পুরন্দরঃ ॥৫২॥
এষ হ্যনর্থে সততং পরাক্রান্তস্তবানঘ ।। নিকৃত্যা ধর্ম্মরাজস্য দ্যূতে বঞ্চিতবানয়ম্ ॥৫৩॥
বহূনি সুনৃশংসানি কৃতান্যেতেন মানদ ।। যুষ্মাসু পাপমতিনা হ্যপাপেষু চ নিত্যদা ॥৫৪॥

---

হৈশিংবা ন অদুগা অর্জ্জুন ! দুর্য্যোধন হায়বসে পাণ্ডুগী মচা নখোয়গীদি ওস্থোক্লা শাথিনা য়েক্লবা মীশক্ অমনি ॥৪৫॥ পাপ্কী শরুক অমতা য়াওদ্রবা অর্জ্জুন ! মরম অসি পুম্বা লৈবনা, মহাক্ অসিগা নংনা য়াম্না কন্না থেংনকম্ থোক্ই । মরম্দি জয় পরাজয় অনীনা পোন্থা ওইরবা চৌবরগী মশক্ ওইরবা লাল অসি শাম্নগদৌরিবদি নখোয় অনীনি ॥৪৬॥ অদুনা পৃথানন্দন ! হৌজিক্তি কুইনা য়োক্ন্না থমলন্না হূগী মশক ওইরবা নংগী অশাউবদু নিপা অসিগী মথক্তা কাম্শিল্লু মরমদি দুর্য্যোধন কৌবা নিপা অসিতনা পাণ্ডুগী মচা নখোয পুম্বগী মঙান তাক্লবা তৌথিবনি ॥৪৭॥ হৌজিক্তি য়েংঙ্দো অর্জ্জুন ! দুর্য্যোধন হায়বসে নংগী খুলায় কাপকম থাকম মপামক্তদা চপ্লেপ্পরে । অদুনা, হৌজিক করম তৌরগা থবক মহৈ য়ানগদগে হায়বদো নশানা খল্লো । লৈবাক পাম্বা দুর্য্যোধন হায়বসিনা মতৌ করম্না নংগা লান্থেংনগদৌরিবনো হায়বসি ঐস্থ মুম্না খল্লিবনি ॥৪৮॥ অর্জ্জুন ! ঙসিদি নরায়বক ফবনা নংগী অমত ওইবা য়েক্লবা অসে মখোঙ থোংনা নমাঙমক্তদা থুংঙরেদো ॥৪৯॥ নিপা অখোইবা অর্জ্জুন ! ঐশ্বর্য্যদা মত্ত ওইরবা দুর্য্যোধন হায়বসে মমাপোকচৈদগী অরাবা মরীক্ অমত ফংঙকত্রিবনি । অদুগা অর্জ্জুন নহাক্ অসি কয়া মুক কন্বগে হায়বদুস্থ মহাক ঙসি ফাওবা মুম্না খঙদ্রিবনি ॥৫০॥

পৃথানন্দন, অর্জ্জুন ! স্বর্গ-মর্ত্ত্য- পাতাল—মরোল অহুম অসীদা লৈরিবা লাইহিংচাবা তাইবংমী কনা অমতনা নতাকপু লান্দা জয় তৌবা ঙমদ্রিবনি । অদুনা দুর্য্যোধনগুম্বন নঙোন্দা করিতৌবা ঙমগদৌরিবনো ॥৫১॥ পার্থ ! লাইবকফবনা ঙসিদি দুর্য্যোধন অসি নমাঙদা লাকলে । অদুনা অকনবা ! ইন্দ্রনা বৃত্রাসুরবু হাৎপগুম নহাক্না দুর্য্যোধন অসিগী মথ্বায় লৌনবা তৌ ॥৫২॥ পাপয়াওদ্রবা অর্জ্জুন ! মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা মবুকচেল ফত্রবা অসিনা হেক্ পোকচৈদগী নখোয়গী মাঙননবত শীল্লিবনি । মীনম্বা চৌবরদা নখোয়গী নরৈপাক ধনসম্পত্তি পুম্বা মুন্থিথিবনিদো মহাক অসিনা নখোয়বু নরৈবাক্তগী তান্থোকপিথিবনিদো ॥৫৩॥ ঈকায় খুম্নবায়াবশিংবু মতাং চানা ইকায় থুম্নহৈবা । মহাপাপী

তমনার্য্যং সদা ক্ষুদ্রং পুরুষং কামচারিণম্। পার্থ্যাং যুদ্ধে মতিং কৃত্বা জহি পার্থাবিচারয়ন্ ॥৫৫॥
নিকৃত্যা রাজ্যহরণং বনবাসঞ্চ পাণ্ডব!। পরিক্লেশঞ্চ কৃষ্ণায়া হৃদি কৃত্বা পরাক্রম ॥৫৬॥
দিষ্ট্যৈষ তব বাণানাং গোচরে পরিবর্ত্ততে। প্রতিঘাতায় কার্য্যস্য দিষ্ট্যায়ং প্রতিতোহগ্রতঃ ॥৫৭॥
দিষ্ট্যা জানাতি সংগ্রামে যোদ্ধব্যং হি ত্বয়া সহ। দিষ্ট্যা চ সফলাঃ পার্থ! সর্ব্বে কামা হ্যকামিতাঃ ॥৫৮॥
তস্মাজ্জহি রণে পার্থ! ধার্ত্তরাষ্ট্রং কুলাধমম্। যথেন্দ্রেণ হতঃ পূর্ব্বং জম্ভো দেবাসুরে মৃধে ॥৫৯॥
অস্মিন্ হতে ত্বয়া সৈন্যমনাথং ভিদ্যতামিদম্। বৈরস্যাস্যাস্ত্ববভৃথো মূলং ছিন্ধি দুরাত্মনাম্ ॥৬০॥

## সঞ্জয় উবাচ।

তং তথেত্যব্রবীৎ পার্থঃ কৃত্যরূপমিদং মম। সর্ব্বমন্যদনাদৃত্য গচ্ছ যত্র সুযোধনঃ ॥৬১॥
যেনৈতদ্দীর্ঘকালং নো ভুক্তং রাজ্যমকণ্টকম্। অপ্যস্য যুধি বিক্রম্য ছিন্দ্যাং মূর্দ্ধানমাহবে ॥৬২॥
অপি তস্যা হ্যনর্হায়াঃ পরিক্লেশস্য মাধব!। কৃষ্ণায়াঃ শকুয়াং গন্তুং পদং কেশপ্রধর্ষণে ॥৬৩॥

---

দুর্য্যোধন হায়বসিনা ওসি ফাওবদা নখোয়গী নক্ষমদা তমখিরবা পাপ্‌কী থবক্ত তৌহুনা লাক্লিবনি ॥৫৪॥ অহুনা পৃথানন্দন! অতৈ অতোপ্পা রাখল অমা খন্দনা লান্দা তৌগদবা নথৌ অদুত খন্দুনা ফত্রবা মবুকচেল পীক্লবা খারবা, মানা তৌনিংবত তোরবা দুর্য্যোধন অসি হৌজিকমক্ হাৎননবা তৌ ॥৫৫॥ পাণ্ডুনন্দন! লৌনম্না নরৈবাক্ মুন্বা বনদা তাম্মোকপা, দ্রৌপদীদা ঈকায়বা পীখিবা অসি পুম্নমক নীওশিন্‌হুনা নপাংঙ্গল নখৌনা উংলু ॥৫৬॥ অর্জ্জুন! নখোয় অনীনা অম্সুম্না মুখা মুখী ওয়না লানশংদা উনবসে পওনা থোক্লরোয়দৌবনি। নরায়বককবনা ওসীদি নংগী য়েক্লবসে নমাওমক্তদা লাকলেদে। হৌজিকসু মহাক অসিনা, জয়দ্রথ হাৎকে হায়না য়াশকপনী নংগী লম্বী অসিদা অপনবা অথিংবা অম পীগে হায়হুনা লাক্লিবনি ॥৫৭॥ লাইবক ফবনা মহাক্না থেংনবা ফংলবনি হায়না নহাকসু নপুক্নীংদা খঞ্জরবনি। লাইবককবনা' করম্বা মতমদা অসিগুম্বা থৌদোক অসি অমুক্তং থোক্তনা লমনখুম্‌সিগে হায়না খল্লকপপুম্বদো মহৈ য়ানগদৌরেদো ॥৫৮॥ অহুনা অর্জ্জুন! মমাংঙৈদা, লাইহিংচাবগী লাঞ্জাওদা ইন্দ্রনা-জম্ভাসুরবু হাৎখিবগুম্না, নংসু ওসি শাগৈগী মৈতাল অশিবসিংবু মৈতান্না য়াখৈখিনবা তৌরো ॥৫৯॥ মহাক শিথ্রবা তুংদা মপু পান্দ্রবা কৌরব তেঙ্গোলবু নৈখাইয়ু, য়েক্লবপুম্বা লোইশিল্লু, ফত্রবশিং অসিবু মরুফংনা শোইদৎলু ॥৬০॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—কৃষ্ণগী য়া অসি তাবদা অর্জ্জুননা হায়ঃ— "ঐ মাহুমক তৌগনি কৃষ্ণ। ঐগী ঈথৌদি লালকমদা মাহুতনি। অহুনা মাধব; অতৈ অমা অমরোমদা চৎত্রিঙৈদা দুর্য্যোধননা লৈরিবা মায়কৈ অসোমদা রথ অসি থৌজিল্লু" ॥৬১॥ নমথাক লৌনম্না' ঐখোয়গী ধন সমপত্তি পুম্ববু মতম কুইনা, য়েক্ল তিংখং লৈতনা ভোগ তৌরকলিবা ফত্রবা আসিগী মঙক্ ককে" ॥৬২॥ অরাবা নংবা, চোপ্প নংবদা মতীক চাত্রবী দ্রৌপদীবু সভা ময়ায়দা ঈকায়বা নংহনখিবা, শমলাক্তনা

ইত্যেবংবাদিনৌ কৃষ্ণৌ হৃষ্টৌ শ্বেতান্ হয়োত্তমান্। প্রেষয়ামাসতুঃ সংখ্যে প্রেপ্সন্তৌ তং নরাধিপম্॥৬৪॥
তয়োঃ সমীপং সংপ্রাপ্য পুত্রস্তে ভরতর্ষভ।। ন চকার ভয়ং প্রাপ্তে ভয়ে মহতি মারিষ॥৬৫॥
তদস্য ক্ষত্রিয়াস্তত্র সর্ব্ব এবাভ্যপূজয়ন্। যদর্জ্জুনহৃষীকেশৌ প্রত্যুদ্‌যাতেঽবিচারয়ন্॥৬৬॥
ততঃ সর্ব্বস্য সৈন্যস্য তাবকস্য বিশাংপতে। মহানাদো হ্যভূত্তত্র দৃষ্ট্বা রাজানমাহবে॥৬৭॥
তস্মিন্ জনসমুন্নাদে প্রবৃত্তে ভৈরবে সতি। কদর্থীকৃত্য তে পুত্রঃ প্রত্যমিত্রমবারয়ৎ॥৬৮॥
আবারিতস্তু কৌন্তেয়স্তব পুত্রেণ ধন্বিনা। সংরম্ভমগমদ্ভূয়ঃ স চ তস্মিন্ পরন্তপঃ॥৬৯॥
তৌ দৃষ্ট্বা প্রতিসংরব্ধৌ দুর্য্যোধনধনঞ্জয়ৌ। অভ্যবৈক্ষন্ত রাজানো ভীমরূপৌ সমন্ততঃ॥৭০॥
দৃষ্ট্বা তু পার্থং সংরব্ধং বাসুদেবঞ্চ মারিষ।। প্রহসন্নিব পুত্রস্তে যোদ্ধুকামঃ সমাহ্বয়ৎ॥৭১॥
ততঃ প্রহৃষ্টো দাশার্হঃ পাণ্ডবশ্চ ধনঞ্জয়ঃ। ব্যক্রোশতাং মহানাদং দধ্মতুশ্চাম্বুজোত্তমৌ॥৭২॥
তৌ হৃষ্টরূপৌ সংপ্রেক্ষ্য কৌরবেয়াশ্চ সর্ব্বশঃ। নিরাশাঃ সমপদ্যন্ত পুত্রস্য তব জীবিতে॥৭৩॥
শোকমীয়ুঃ পরঞ্চৈব কুরবঃ সর্ব্ব এব তে। অমন্যন্ত চ পুত্রং তে বৈশ্বানরমুখে হুতম্॥৭৪॥

---

চিংহনখিবা—মাহু পুম্নমক অহুগী লমন্ ওসি শোয়দনা খুম্‌গে” ॥৬৩॥ কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা মতো অম্মুম্না রথমথক্ত রারী শানা শানা দুর্য্যোধননা লৈরিবা মায়গৈ অদোমদা অঙৌবা শগোল্লা চিংলবা রথ অহু কন্না থৌজিল্লকলে ॥৬৪॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা নিংথৌ! নচা ঈপুঙো দুর্য্যোধন অসি, কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীবু কিদি কি হায়ববু ঈকি কিদবগুম্না চঙশিল্লি ॥৬৫॥ নীঙায়দনা মহাক্না কৃষ্ণ অর্জ্জুন তম্না চঙ্‌শিন্‌খিবসি উবদা কৌরব লাম্মী পুম্নমক্না থাগৎনখি ॥৬৬॥ মহারাজ! দুর্য্যোধননা ঈকি কিদনা লালফমদা চঙশিল্লকপাসি কৌরব লাম্মী পুম্নমক্না সিংহনাদ লাউনখি—লাউ খোংখি ॥৬৭॥ অম্মুম্না লাউনবক্‌পা মতম্ অসিদা দুর্য্যোধননা প্রপ্রপ্ চঙশিল্লক্‌ন্না অর্জ্জুনগী মাঙদা চপ লেপখি। অর্জ্জুননা কাপ্লকপা তেল মখৈ থিংখি ॥৬৮॥ নচা ঈবুংঙো দুর্য্যোধননা অম্মুম্না থিংবা মতম অসিদা অর্জ্জুন অসি থোইদোক্না শাউখি। দুর্য্যোধনসু অর্জ্জুনবু উবদা য়াম্না শাউখি ॥৬৯॥ দুর্য্যোধন অর্জ্জুন অনীনা শাউনবসি উবদা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনী মক্তী নিংথৌ লাম্মী পুম্নমক্না অকিবগী মশক ওইরবা অনীসিদা মুন্না মীং কুপ্তনা য়েংনহুনা লৈখি ॥৭০॥

ইকায় খুম্নবগী মশক ওয়রবা নিংথৌ! নচাঈবুংঙো দুর্য্যোধননা, কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা শাউবহু উবদা অহুগা অর্জ্জুনগা থেংনরগে হায়না খন্দুনা নোক্‌নোক্কুনা করেম্নমা “থোরকউ লাউ” হায়না অর্জ্জুনবোমদা লাউবকই ॥৭১॥ দুর্য্যোধনগী থোল্লাউ তাবদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীসু নুংঙায়খিহুনা, দুর্য্যোধন লোমদা থোরকউ লাউ হায়না কন্না লাউরকই; অহুদগী অর্জ্জুন দুর্য্যোধন অকন্‌বা অনী অসি মাগী মাগী মোইবুং খোংগৎনরকই ॥৭২॥ কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা হরাউনা লাউরকপাসি উবদা কৌরব লাম্মী পুম্নমক্না দুর্য্যোধন শিরেদনা হায়না খন্নখিহুনা লোয়না নিরাশ ওইনখি ॥৭৩॥ কৌরব লাম্মী পুম্বা মিপাইনখি। দুর্য্যোধন অসি ওসিদি মৈনুংদা চোংশিন্‌থ্রেদনা হায়না মীপুম্

তথা তু দৃষ্ট্বা যোধাস্তে প্রহৃষ্টৌ কৃষ্ণপাণ্ডবৌ। হতো রাজা হতো রাজেত্যূচু রাজন্। ভয়ার্দ্দিতাঃ ॥৭৫॥
জনস্ত সংনিনাদং তং শ্রুত্বা দুর্য্যোধনোঽব্রবীৎ যোতু বো ভীরহং কৃষ্ণৌ প্রেষয়িষ্যামি মৃত্যবে ॥৭৬॥
ইত্যুক্ত্বা সৈনিকান্ সর্ব্বান্ জয়াপেক্ষী নরাধিপঃ। পার্থমাভাষ্য সংরম্ভাদিদং বচনমব্রবী ॥৭৭॥
পার্থ ! যচ্ছিক্ষিতং তেঽস্ত্রং দিব্যং মানুষমেব চ। তদ্দর্শয় ময়ি ক্ষিপ্রং যদি জাতোঽসি পাণ্ডুনা ॥৭৮॥
যদ্বলং তব বীর্য্যঞ্চ কেশবস্য তথৈব চ। তৎ কুরুষ ময়ি ক্ষিপ্রং পশ্যামি তব পৌরুষম্ ॥৭৯॥
অস্মৎপরোক্ষং কর্ম্মাণি প্রবদন্তি কৃতানি তে। স্বামিসৎকারযুক্তানি যানি তানীহ দর্শয় ॥৮০॥

সঞ্জয় উবাচ।

প্রত্যমুক্ত্বার্জ্জুনং রাজা ত্রিভির্নর্ম্মাতিগৈঃ শরৈঃ। প্রত্যবিধ্যন্মহাবেগৈশ্চতুর্ভিশ্চতুরো হয়ান্ ॥৮১॥
বাসুদেবঞ্চ দশভিঃ প্রত্যবিধ্যৎ স্তনান্তরে। প্রতোদঞ্চাস্য ভল্লেন ছিত্ত্বা ভূমাবপাতয়ৎ ॥৮২॥
তং চতুর্দশভিঃ পার্থশ্চিত্রপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ। অবিধ্যত্তূর্ণমব্যগ্রস্তেঽস্যাভ্রশ্যন্ত বর্ম্মণঃ ॥৮৩॥
তেষাং বৈফল্যমালোক্য পুনর্নব চ পঞ্চ চ। প্রাহিণোন্নিশিতান্ বাণাংস্তেঽপ্যভ্রশ্যন্ত বর্ম্মণঃ ॥৮৪॥

---

থীৎনা থন্নখি ॥৭৪॥ মহারাজ ; কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা য়াম্না নুংঙাইনা হন্নাউনা লালফমদা চঙশিল্লকপতু উবদা কৌরবলাম্মী পুন্নমক্না "নিথৌ হাৎখ্রে। নিথৌ হাৎখ্রে।" হায়না কন্না কন্না লাউনরকই ॥৭৫॥ ময়াম্না লাউনরকপসি তাবদা দুর্য্যোধননা-"ময়াম পুন্নমক চিংনবিনু ; কিবিনু ; ঙসিগী নুমিত্তা ঐ, কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমকপু যমালয়দা থাগে।" অসুম হায়না খৌনাকনা লাউরকই ॥৭৬॥ জয় তৌগে হায়না আশা তৌরবা দুর্য্যোধননা কৌরবলাম্মী পুন্নমক্তা অসুম্না লাউরগা অশাউবগা লোয়ননা অর্জ্জুনদা য়েংদুনা অসুম্না হায়রকই ॥৭৭॥ অর্জ্জুন ! ঙসি ফাওবা পাণ্ডুগী মচা ওয়দুনা লৈয়ু। নহাক্না স্বর্গদা অমদি মর্ত্ত্যদা তম্মুবা হৈরুবা থুংলায় মখৈ, ঙসি ঐঙোন্দা উৎলু ॥৭৮॥ নঙোন্দা লৈবাবিদ্যা অদুগা কৃষ্ণদা লৈবা শক্তি পুম্বা ঙসিদি দুর্য্যোধন ঐঙোন্দা শীজিন্নৌ। নিপা থোকপা শক্তি অদু নখোয় অনীনা ঙসি ঐঙোন্দা উৎলু ॥৭৯॥ ঐখোয়না উদ্রি তাদ্রিবৈঙদা মী পুন্নমক্না নহাকপু থাগৎখিবা অদুগা ইন্দ্রনচিংবা দেবতা পুম্বনা চানবিদুনা বিদ্যাগী শক্তি পুম্বা পীবিখ্রে হায়না ভাঙনরিবসে ঐঙোন্দা ঙসি উৎচো ॥৮০॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—দুর্য্যোধননা অসুম্না হায়রম্লগা থম্মোয় কায়বা য়ারবা থৌরবা তেল অহুম্না অর্জ্জুনদা অদুগা মরিনা অর্জ্জুনগী শগোলশিং অতুদা কম্না থাখি ॥৮১॥ অহুদগী থৌরবা তেল তরানা কৃষ্ণগী থবাক্তা থারগা থৌরবা তেল অমনা কৃষ্ণগী খুত্তা পায়রিবা শগোল শাজে অদু ককথত্তুনা লৈমায় থক্তা তাহনখি ॥৮২॥ অহুদগী অর্জ্জুনসু করিমত কিবিদনা থৌরবা তেল তরামরিনা দুর্য্যোধনগী থজীন মপাদা থাখি। অদুবু অর্জ্জুনগী তেলশিং অদু দুর্য্যোধনগী মশাদা পান্‌বা ঙমদদুনা লালফুরিত্তা থকতোক্তুনা লৈমায় থক্তু অরেম্বদা তাখি ॥৮৩॥ তেলশীং অদুনা অরেম্বদা তাখিবদু উবদা অর্জ্জুননা শাউদুনা অমুক্ তেল তরামরিথক্ দুর্য্যোধন লোম্‌দা কাপশিল্লকই। তেলশিং অদুসু লালফুরিত্তা পান্দুনা থকতোক্তুনা লৈমায় থক্তা তাখ্রে ॥৮৪॥

অষ্টাবিংশত্ত্ব তান্ বাণানস্তান্ বিপ্রেক্ষ্য নিষ্ফলান্। অব্রবীৎ পরবীরঘ্নঃ কৃষ্ণোঽর্জ্জুনমিদং বচঃ ॥৮৫॥
অদৃষ্টপূর্ব্বং পশ্যামি শিলানামিব সর্পণম্। ত্বয়া সংপ্রেষিতা পার্থ। নার্থং কুর্ব্বন্তি পত্রিণঃ ॥৮৬॥
কচ্চিদ্গাণ্ডীবজঃ প্রাণস্তথৈব ভরতর্ষভ।। মুষ্টিশ্চ তে যথা পূর্ব্বং ভুজয়োশ্চ বলং তব ॥৮৭॥
ন খল্বচ্চিদয়ং কালঃ প্রাপ্তঃ স্যাদস্য পশ্চিমঃ। তব চৈবাস্য শত্রোশ্চ তন্মমাচক্ষ্ব পৃচ্ছতঃ ॥৮৮॥
বিস্ময়ো মে মহান্ পার্থ। তব দৃষ্ট্বা শরানিমান্। ব্যর্থান নিপতিতান্ সংখ্যে দুর্য্যোধনরথং প্রতি ॥৮৯॥
বজ্রাশনিসমা ঘোরাঃ পরকায়াবদারণাঃ। শরাঃ কুর্ব্বন্তি তে নার্থং পার্থ। কাদ্য বিড়ম্বনা ॥৯০॥

## অর্জ্জুন উবাচ।

দ্রোণেনৈষা মতিঃ কৃষ্ণ! ধার্ত্তরাষ্ট্রে নিবেশিতা অভেদ্যা হি মমাস্ত্রাণানেষা কবচধারনা ॥৯১॥
অস্মিন্নন্তর্হিতং কৃষ্ণ! ত্রৈলোক্যমপি বর্ম্মণি। একো দ্রোণো হি বেদৈতদহং তস্মাচ্চ সত্তমাৎ ॥৯২॥
ন শক্যমেতৎ কবচং বাণৈর্ভেত্তুং কথঞ্চন। অপি বজ্রেণ গোবিন্দ। স্বয়ং মঘবতা যুধি ॥৯৩॥
জানংস্ত্বমপি হৈ কৃষ্ণ! মাং বিমোহয়সে কথম্। যদ্বৃত্তং ত্রিষু লোকেষু যচ্চ কেশব। বর্ত্ততে ॥৯৪॥
তথা ভবিষ্যদ্যচ্চৈব তৎ সর্ব্বং বিদিতং তব। ন ত্বেবং বেদ বৈ কশ্চিদ্যথাহং মধুসূদন! ॥৯৫॥

( যুগ্মকম্ )

---

মতম অদুদা, অর্জ্জুননা কাপখিবা তেল কুননিপাম্না অরেম্বদা তাখিবদু উবদা য়েক্লবা হাৎউম্বা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুম্না হায়খি ॥৮৫॥ "অর্জ্জুন! ঙসিদি ঈশিংদা নুংনা তাউবগুম্বা অঙকপা ওইথোক্লবা থবকতু উরি! নংগী তেলশিং অসি দুর্য্যোধনদা করিমত তৌবা ঙম্খিদ্রে ॥৮৬॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা! গাণ্ডীব অদো হান্নগুম্না অত্তুম্ মরৈরিকো? নংগী খুকাপ্ কন্বা, খুত্তম চেৎপদো অদুম্ মরৈরদনকো ॥৮৭॥ ঐনা হংলিবসি খুম্মু—নংগা অদুগা নংগী অমত ওইবা অরোইবা য়েক্লবা অসিগা লান্থোনগদবসি ঙসিনা অরোয়বা নুমিৎ ওয়হল্লম্মুগেরা? মাদু ঐঙোন্দা শেংনা হায়য়ু ॥৮৮॥ পৃথানন্দন! অর্জ্জুন নংগুম্বনা কাপ্পা তেনবু দুর্য্যোধনগী মশাদা পান্বা ঈয়ায়াদনা অরেম্বদা তাবসি উবদা ঐ ওম্থোক্লা ঙকখে! ॥৮৯॥ অর্জ্জুন! বজ্র অমদি নোংথাংগা মান্নবা নংগী তেলশিং অমদি খুংলায়শিং অসিনা মমা-ঙৈদোদ যেক্রবশিংগী থরায় চূপ্পনবগী মশক্ ওইরমলগা ঙসিদি কৈদৌরে করিমত য়াদ্রবরা? ঙসি নংগী খুদো থীবা নুমিৎলা? অরাবগী মশক্লি ॥৯০॥ অর্জ্জুননা হায়ঃ- কৃষ্ণ! দ্রোণনা মন্ত্রগা লোয়ননা কবচ অম দুর্য্যোধন শীংপিরমাল্লে হায়না খলি। অদু ওইরবদি, ঐগী খুংলায়নদি কবচ অসি কক্পা য়ারোইদৌর ॥৯১॥ কৃষ্ণ! মরোল অদুমক্ কবচ অসিগী মগুদা চুপ্ শিন্খিবা ফাওয়াই। অদুগা অসিগুম্বা কবচগী মরীৎ অসি দ্রোণতনা খঙি। অদুগা ঐসু অথোইবা অকন্বা গুরু দ্রোণদগী খঙি ॥৯২॥ গোবিন্দ? তেল্ অদুগা খুংলায়তনদি কবচ অসিবু কক্পা থদৎপা য়ারোই। অমুক্ কারি হায়রগনি ইন্দ্রগী বজ্র মরুম্ কবচ অসিবু কক্পা ঙম্মোই ॥৯৩॥ কৃষ্ণ? নহাক্কি মাসি পুম্নমক্ খঙ্না খঙ্না, ঐবু করিগী শুমহৎলি? কেশব! নহাক্কি মরোল্

এষ দুর্য্যোধনঃ কৃষ্ণ দ্রোণেন বিহিতামিমাম্। তিষ্ঠত্যভীতবৎ সংখ্যে বিভ্রৎ কবচধারণাম্ ॥৯৬॥
যত্ত্বত্র বিহিতং কার্য্যং নৈষ তদ্বেত্তি মাধব।। স্ত্রীবদেষ বিভর্ত্ত্যেতাং যুক্তাং কবচধারণাম্ ॥৯৭॥
পশ্য বাহ্বোশ্চ মে বীর্য্যং ধনুষশ্চ জনার্দ্দন।। পরাজয়িষ্যে কৌরব্যং কবচেনাপি রক্ষিতম্ ॥৯৮॥
ইদমঙ্গিরসে প্রাদাদ্দেবেশো বর্ম্ম ভাস্বরম্। তস্মাদ্বৃহস্পতিঃ প্রাপ ততঃ প্রাপ পুরন্দরঃ।
পুনর্দদৌ সুরপতির্মহ্যং বর্ম্ম সসংগ্রহম্ ॥৯৯॥
দৈবং যদ্যস্য বর্ম্মৈতদ্ব্রহ্মণা বা স্বয়ং কৃতম্। নৈনং গোপ্স্যতি দুর্বুদ্ধিমদ্য বাণহতং ময়া ॥১০০॥

## সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্ত্বার্জ্জুনো বাণানভিমন্ত্র্য ব্যকর্ষয়ৎ। মানবাস্ত্রেণ মানার্হস্তীক্ষ্ণাবরণভেদিনা ॥১০১॥
বিকৃষ্যমাণাংস্তেনৈব ধনুর্মধ্যগতান্ শরান্। তানস্যাস্ত্রেণ চিচ্ছেদ দ্রৌণিঃ সর্ব্বাস্ত্রঘাতিনা ॥১০২॥
তান্ নিকৃত্তানিষুন্ দৃষ্ট্বা দূরতো ব্রহ্মবাদিনা। ন্যবেদয়ৎ কেশবায় বিস্মিতঃ শ্বেতবাহনঃ ॥১০৩॥
নৈতদস্ত্রং ময়া শক্যং দ্বিঃ প্রয়োক্তুং জনার্দ্দন। অস্ত্রং মামেব হন্যাদ্ধি হন্যাদ্ধি হন্যাচ্চৈব বলং মম ॥১০৪

---

অসিদা থোক্‌খ্রবা, থোক্লবা থোক্কদৌরিবা পূম্বা লৌইনা খঙলিবনি মধুসূদন? নংগী শক্তি ঐতনা খঙতি, কনা অমতনা মুন্না খঙদে ॥৯৪ ৯৫॥ কৃষ্ণ! দুর্য্যোধন হায়বা অসে, দ্রোণনা মন্ত্র শোন্দুনা শাবিরবা কবচ অসি লীত্তুনা, মশাদা ঐগী তেল্ অমতা পাল্‌হন্দনা, নীংঙায়বা লৈতনা ঐগী মাঙদা লেপ্লি ॥৯৬॥ অদুগা মাধব! করি অবস্থাদা লৈদুনা করি থবক পাঙথোক্কদৌরিবনো হায়বদুদি মহাক্না খঙদে। চুম্নগী, নুপী অমগী মতৌগুম্না, অতোপ্পা অমনা লীৎহুন্‌বিরিবা লাল্‌-ফুরিৎ (কবচ) অসি লীত্তুনা লৈরি ॥৯৭॥ জনার্দ্দন! করে, ঐগী পাম্বোমগী পাঙ্গল অদুগা গাণ্ডীব কৌবা লীরুং অসিগী শক্তিস্থ য়েঙঙু। কবচ অসিনা ঙাক্ শেন্দুনা লৈরিবা দুর্য্যোধন অসে ঐ হৌজিক্ মায় থীবা পীগে ॥৯৮॥ অহান্‌বদা কবচ অসি ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা পীখি। অঙ্গিরাদগী বৃহস্পাতিনা ফংঙি। বৃহস্পাতিদগী ইন্দ্রনা অমুক ফংখি। অদুগা ইন্দ্রনা কবচ অসি মন্ত্রপা লোয়ননা ঐঙোন্দ পীখি ॥৯৯॥ অহান্‌বদা, ব্রহ্মানা শেমখিবা কবচ অসি লাইগী নোংদমদগী মাগী মফম্‌দা য়োরক্লবসু, ঐনা কবচ মন্ত্র অসি থুগাইনবা তেল হেক কাপ্পদা কবচ অসিনা মাবু কন্‌বা ঙম্মরোই ॥১০০॥

সঞ্জয়না হায়ঃ— ইকায় থুম্নবগী মতীক্ চাবা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা অসুম্না হায়রম্লগা থোইদোক্না থৌরবা, য়োৎকী ফূরিৎ ফাওনা থিনগায়বা ঙম্নবা, মানবাস্ত্রগী মন্ত্র শোনজিল্লবা তেল কয়ামুক্ খুকাপ্ কন্না দুর্য্যোধন তম্না কাপশিল্লকই ॥১০১॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুননা অমুক তেন্দোংদগী তেল কয়া মরুম ছৎলগা লীরীদা হেক থমদুনা চিংগে তৌবা মতম্‌দা অশ্বত্থামানা নারোন্দগী থোরবা থুংলায় অদুবু ককৃপা ঙম্বা তেল অমা কাপশিল্লক্তুনা অর্জ্জুনগী তেলশিং অদুবু খুদক্ত ককৃথৎখি ॥১০২॥ অরাপ্পদগী নারোন্দগী তেলশিং অদু ককৃথৎখিবদু উবদা ঙকত্তুনা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা অসুম্না হায়খি ॥১০৩॥ "কৃষ্ণ! থুংলায় অসি ঐ অনীরক্ কাপ্প শীজিন্নবা ঙম্মোই।

ততো দুর্য্যোধনঃ ক্রুদ্ধো নবভির্নতপর্ব্বভিঃ। অবিধ্যত রণে রাজন্। শরৈরাশীবিষোপমৈঃ ॥১০৫॥
ভূয় এবাভ্যবর্ষচ্চ সমরে কৃষ্ণপাণ্ডবৌ। শরবর্ষেণ মহতা ততোঽহৃষ্যন্ত তাবকাঃ।
চক্রুর্ব্বাদিত্রনিনদান্ সিংহনাদরবাংস্তথা ॥১০৬॥
ততঃ ক্রুদ্ধো রণে পার্থঃ সৃক্কণী পরিলেলিহন্। নাপশ্যত তদস্যাঙ্গং যন্ন স্যাদ্বর্ম্মরক্ষিতম্ ॥১০৭॥
ততোঽস্য নিশিতৈর্বাণৈঃ সুমুক্তৈরন্তকোপমৈঃ। হয়াংশ্চকার নির্দ্দেহানুভৌ চ পার্ষ্ণিসারথী ॥১০৮॥
ধনুরস্যাচ্ছিনচ্চিত্রং হস্তাবাপঞ্চ বীর্য্যবান্। রথঞ্চ শকলীকর্ত্তুং সব্যসাচী প্রচক্রমে ॥১০৯॥
দুর্য্যোধনঞ্চ বাণাভ্যাং তীক্ষ্ণাভ্যাং বিরথীকৃতম্। অবিধ্যদ্ধস্ততলয়োরুভয়োরর্জ্জুনস্তদা ॥১১০॥
তং কৃচ্ছ্রামাপদং প্রাপ্তং দৃষ্ট্বা পরমধন্বিনঃ সমাপেতুঃ পরীপ্সন্তো ধনঞ্জয়শরার্দ্দিতম্ ॥১১১॥
তে রথৈর্ব্বহুসাহস্রৈঃ কল্পিতৈঃ কুঞ্জরৈর্হয়ৈঃ। পদাত্যোঘৈশ্চ সংরব্ধৈঃ পরিবব্রুর্ধনঞ্জয়ম্ ॥১১২॥
অথ নার্জ্জুনগোবিন্দৌ রথো বাপি ব্যদৃশ্যত। অস্ত্রবর্ষেণ মহতা জনৌঘৈশ্চাপি সংবৃতৌ ॥১১৩॥
ততোঽর্জ্জুনোঽস্ত্রবর্ষেণ নিজঘ্নে তাং বরূথিনীম্। তত্র ব্যঙ্গীকৃতাঃ পেতুঃ শতশোঽথ রথদ্বিপাঃ ॥১১৪॥
তে হতা হন্যমানাশ্চ ন্যগৃহ্ণংস্তং রথোত্তমম্। স রথঃ স্তম্ভিতস্তস্থৌ ক্রোশমাত্রে সমন্ততঃ ॥১১৫॥

---

মরম্দি থুলায় অসিনা হঞ্জিল্লক্ত্না ঐবু হাৎখিগনি অদুগা ঐগী লান্মীশিংবুস্মু লোইনা হাৎখিনি" ॥১০৪॥ অস্মু অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়রিঁউদা দুর্য্যোধননা, লিলগা মান্নবা মহুপুরবা তেল মাপল্ থকৃনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্ত কন্ন থাখি ॥১০৫॥ অদুদগী অমুক্সু মহাক্না তেলগী মপৈমপৈনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীগী মথক্তা হৈথরকৃলে। মাহু উবদা কৌরবলাল্মী পূম্নমক্ থোইদোক্না হরাওখি খোঞ্জেল হৌনা লাউনখি। সিংহনাদ লাউনা লাউনা পুংশেল যন্ত্র পূম্না য়ৈনখি ॥১০৬॥ অদু উবদা অর্জ্জুন অসি শাউবনা খা ক্রক্-ক্রক্ চীক্ত্না লৈখি। শাউমন্থিবনা কবচনা কুপ্ন থুংদবা, দুর্য্যোধনগী হক্চাংগী শরুক্ অদু কাওবা উবা ফংখিদ্রে ॥১০৭॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুননা যমরাজগী মতৌগুম্না শাথিরবা তেল মপৈ অমা কাপ্শিল্লক্ত্না দুর্য্যোধনগী শগোল মরিগা, রথ মথক্তা ফম্লিবা সারথি শৈশিল্ অনীদুগা শিংগুপ্ শানা ঈহংনাইহং শানা ককৃথৎখি ॥১০৮॥ অদুগী তুংদা অমুক্ কল্লগা অর্জ্জুননা দুর্য্যোধনগী চাউরবা ঙক্লবা লীরুং অদুগা থূধাঙ অদুগা ককথত্তুনা থাদখি। রথ অদুবুস্মু মচেৎ মচেৎ থোক্না থুদেক্কদবগী হোৎনরকৃলে ॥১০৯॥ অদুদগী অমুক্ অর্জ্জুননা থৌরবা তেল অনীনা রথয়াওদ্রবা দুর্য্যোধনগী মথুং অনীগী খুবাক্ ময়ায় ময়ায়দা থুম্না য়ৈশিনহনখি ॥১১০॥

মতম অসিদা, দুর্য্যোধননা অরাবদা তাবসি উবদা, অদুগা অর্জ্জুনগী তেলগী চৈনা থীনা ফংবদু উবদা, মহাকপু কনগে হায়রবগীদমক্, অকনবশিংনা চেল্শিল্লকই ॥১১১॥ মথোন্ন অসিনা শগোল, শামু রথ খোঙমী মপৈ মপৈগা লোয়ননা লাক্ত্না অর্জ্জুনবু কোয়শিল্লরে ॥১১২॥ মরাম অসিনা কোয়শিন্খিবদা, অদুগা মন্মমনম্ কাপ্শিল্ লংশিন্নকৃপদা কৃষ্ণসু অর্জ্জুনসু অদুগা রথসু অমতা মশক্ উখিদ্রে ॥১১৩॥ মথোয়গী মরকৃত লৈনা-লৈনা অর্জ্জুনসু কৌরবলাল্মী মশৈবু

ততোঽর্জ্জুনং বৃষ্ণিবীরস্ত্বরিতো বাক্যমব্রবীৎ। ধনুর্বিস্ফারয়াত্যর্থমহং ধ্মাস্যামি চাম্বুজম্ ॥১১৬॥
ততো বিস্ফার্য্য বলবদ্গাণ্ডীবং জঘ্নিবান্ রিপূন্। মহতা শরবর্ষেণ তলশব্দেন চার্জ্জুনঃ ॥ ১১৭ ॥
পাঞ্চজন্যঞ্চ বলবান্ দধ্মৌ তারেণ কেশবঃ। রজসা ধ্বস্তপক্ষ্মাক্ষঃ প্রস্বিন্নবদনো ভৃশম্ ॥ ১১৮ ॥
তস্য শঙ্খস্য নাদেন ধনুষো নিস্বনেন চ। নিঃসত্ত্বাশ্চ সসত্ত্বাশ্চ ক্ষিতৌ পেতুস্তদা জনাঃ ॥১১৯॥
তৈর্বিমুক্তো রথো রেজে বায্বীরিত ইবাম্বুদঃ। জয়দ্রথস্য গোপ্তারস্ততঃ ক্রুদ্ধাঃ সহানুগাঃ ॥ ১২০ ॥
তে দৃষ্ট্বা সহসা পার্থং গোপ্তারঃ সৈন্ধবস্য তু। চক্রুর্নাদান্ মহেষ্বাসাঃ কম্পয়ন্তো বসুন্ধরাম্ ॥১২১॥
বাণশব্দরবাংশ্চোগ্রান্ বিমিশ্রান্ শঙ্খনিস্বনৈঃ। প্রাদুশ্চক্রুর্মহাত্মানঃ সিংহনাদরবানপি ॥ ১২২ ॥
তং শ্রুত্বা নিনদং ঘোরং তাবকানাং সমুত্থিতম্। প্রদধ্মতুস্তদা শঙ্খৌ বাসুদেবধনঞ্জয়ৌ ॥ ১২৩ ॥
তেন শব্দেন মহতা পূরিতেয়ং বসুন্ধরা। সশৈলা সার্ণবদ্বীপা সপাতালা বিশাংপতে ॥ ১২৪॥
স শব্দো ভরতশ্রেষ্ঠ! ব্যাপ্য সর্বা দিশো দশ। প্রতিসস্বান তত্রৈব কুরুপাণ্ডবয়োর্বলে ॥১২৫॥

---

হাৎপা হৌরকৃলে। শগোল শামু রথী চাম-চামনা মখোং মখুৎনচিংবা য়াওদনা লৈমায়থক্তা তুথনরকৃলে ॥১১৪॥ মশাদা তেম্না পাল্লবা, ঈহং নাইহং শারবা লাম্নীশিং অহুনা অর্জ্জুনগীরথবু পূমকোয় কোয়শিন্খরে। হায়রিবসি জয়দ্রথ য়ৌগদবা মুর্থক অমরোমত। মঙায়রে ॥১১৫॥ মতম অসিদা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়রকৃই—"অর্জ্জুন! লীরী কম্না চিঙ্ অহুগা ঐস্থ মোইবুং খোংগৎকে" ॥১১৬॥ য়াসি তাবদা অর্জ্জুননা লীরী অহু কম্না কম্না চিংডি, নোংচুবগী মতৌগুম্না য়েরুবশিংদা তেল্ মনম্ মনম্ কাপশিল্লকৃই ॥১১৭॥ মতম অসিদা, কৃষ্ণগী মায়খোং অহুগা মীৎকী পা পুম্নমক অসি উফুম্না পূমকূপ্ কূমপ্ত্রে। চায়রুংদগী হুমাং মরীক্ মরীক্ চেম্থরকৃলে। পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুং অহু পায়থত্নূনা খোংলকৃই ॥১১৮॥ অর্জ্জুনগী লীরী কাপ্থোক্পগী মখোল্ অহুগা কৃষ্ণগী মোইবুংগী খোঞ্জেল তাবদা মিপাইগন্বা লাম্নীদি মথরাই য়াওদনা লৈমায় থক্তা তুখি ॥১১৯॥ অস্থুম্না রথগী লম্বী অহু পূমহাং হাংপ্রবহুদদি অর্জ্জুনগী রথ অহু নুশিৎনা হুম্বা নোংগী মতৌগুম নীঙখিজখি। মাহু উবদা জয়দ্রথগী খোঙলোয় লাম্নীশিংনা অমদি মহাক্পু ঙাকশেল্লিবা লাম্নীশিং অহু থোইদোক্না শাউখ্রে ॥১২০॥ জয়দ্রথবু ঙাকশেল্লিবশিং অহুনা অর্জ্জুনবু উবদা অশাউবগা লোয়ননা পৃথ্বী লৈমায়থক্ অসি থক্থক্নীকৃহন্না সিংহনাদ লাউরকই ॥১২১॥ মবুকচাউরবা কিবলৈত্রবা অকন্বা কৌরবলাম্নীশিং অসিনা মোইবুং খোঞ্জেলগা লোয়ননা, সিংহনাদ লাউর-লাউরহুনা লীরী থীঙহুনা তেঙ্গা থোংহুনা অর্জ্জুন তম্না ফূজিল্লকৃই ॥১২২॥ মতৌ অস্থুম্না কৌরব-লাম্নীশিংনা ফূজিল্ হোচিচল্লকপা মতম্সিদা অহুগা মখোয়গী পূংশেল যন্ত্রগী অমদি মোইবুং মধামৃগী খোঞ্জেল তাবদা কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগম্থু মাগী মাগী মোইবুং পায়থত্নূনা খোংখি ॥১২৩॥ মহারাজ! মখোল অহুনা চীঙমান্ তুরেল্গা লোয়ননরবা পৃথিবী অসি অহুগা পাতাল কাওবা থক্-থক্ নীকখি ॥১২৪॥ ভরতশাগৈগী অখোইবা মহারাজ। কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীতগী মোইবুং খোঞ্জেলনা মায়পৈ তরা কাওখিহুনা কুরুপাণ্ডবপক্ষ অনীমক্কী লাম্নী তেঙ্গোল মপৈদা পূম্নীন্ নিনখি ॥১২৫॥

তাবকা রথিনস্তত্র দৃষ্ট্বা কৃষ্ণধনঞ্জয়ৌ। সংভ্রমং পরমং প্রাপ্তাস্ত্বরমাণা মহারথাঃ ॥১২৬॥
অথ কৃষ্ণৌ মহাভাগৌ তাবকাঃ প্রেক্ষ্য দংশিতৌ। অভ্যদ্রবন্ত সংক্রুদ্ধৌ তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥১২৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে দুর্য্যোধনপরাজয়ে অষ্টাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

মহারাজ! কৌরব লান্মীশিং অহুনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্কী মূত্তি উবদা পুক্লিংদা হুন্থকম্ খঙখিদে, মিপাইনখি ॥১২৬॥ লাল্গী ফিজোল্ শেংলবা, খুংগু খুৎলায় পূম্নমক য়াওরবা কৌরব লান্মীশিং অহুনা খোইনা শাউখিহুনা মপাঙ্গল-মথৌনা লৈরবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্কী মায়গৈ তম্না কন্না চেন্শিন্খিবা অদুমক অঙকপা অমনি ॥১২৭॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক্লিশি চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা দুর্য্যোধনপরাজয়গী মরিকুনিপালশুবা অধ্যায় লোঈরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ঊননবতিতমোঽধ্যায়ঃ।

মরিফুমাপলশুবা অধ্যায়

( জয়দ্রথ বধগী মনুংদা অকন্বা-খমথেংলবা লাল্ )

——:০:——

সঞ্জয় উবাচ।

তাবকা হি সমীক্ষ্যৈব বৃষ্ণিসিংহকুরূত্তমৌ। প্রাগত্বরন্ জিঘাংসন্তস্তথৈব বিজয়ঃ পরান্ ॥১॥
সুবর্ণচিত্রৈর্বৈয়াঘ্রৈঃ স্বনবদ্ভির্মহারথৈঃ। দীপয়ন্তো দিশঃ সর্ব্বা জ্বলদ্ভিরিব পাবকৈঃ ॥২॥

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! কৌরবলান্মী পূম্নমক্না কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীবু উবদা, চাক্লবা মৈগী মতৌগুম্ লংলবা সনানাশৈতেংলবা, কৈমউন্না ঈকোয় কোয়শিল্লবা, মখোল লুম্নবা ভংলবা, রাং চাউরবা রথমপৈনা অহুগা শাউরবা, মহূ পুরবা লিল্গী মতৌগুম্নবা, মীৎনা ঈথকৃথক্লবা,

রুক্মপৃষ্ঠৈশ্চ দুষ্প্রেক্ষ্যৈঃ কার্ম্মুকৈঃ পৃথিবীপতে।। কূজদ্ভিরতুলান্ নাদান্ রোষিতৈরুরগৈরিব ।৩।
(বিশেষকম্)

ভূরিশ্রবাঃ শলঃ কর্ণো বৃষসেনো জয়দ্রথঃ। কৃপশ্চ মদ্ররাজশ্চ দ্রৌণিশ্চ রথিনাং বরঃ ।৪।
তে পিবন্ত ইবাকাশমশ্বৈর্হেমপরিষ্কৃতৈঃ মহারথাঃ। । ব্যরাজয়ন্ দশ দিশো বৈয়াঘ্রৈর্হেমচন্দ্রকৈঃ ।৫।
তে দংশিতাঃ সুসংরব্ধা রথৈর্মেঘৌঘনিস্বনৈঃ সমাবৃণ্বন্ দিশঃ সর্ব্বাঃ পার্থস্য নিশিতৈঃ শরৈঃ ।৬।
কুলীনাশ্চ হয়াশ্চিত্রা বহন্তস্তান্ মহারথান্ ব্যশোভন্ত তদা শীঘ্রা দীপয়ন্তো দিশো দশ ।৭।
আজানেয়ৈর্মহাবেগৈর্নানাদেশসমুত্থিতৈঃ। পার্ব্বতীয়ৈর্নদীজৈশ্চ সৈন্ধবৈশ্চ মহাহয়ৈঃ ।৮।
কুরুযোধবরা রাজন্। তব পুত্রং পরীপ্সবঃ। ধনঞ্জয়রথং শীঘ্রং সর্ব্বতঃ সমবারয়ন্ ।৯। (যুগ্মকম্)
তে প্রগৃহ্য মহাশঙ্খান্ দধ্মুঃ পুরুষসত্তমাঃ। পূরয়ন্তো দিবং রাজন্। পৃথিবীঞ্চ সসাগরাম্ ।।১০।।
তথৈব দধ্মতুঃ শঙ্খৌ বাসুদেবধনঞ্জয়ৌ। প্রবরৌ সর্ব্বভূতানাং সর্ব্বশঙ্খবরৌ ভুবি।
দেবদত্তঞ্চ কৌন্তেয়ঃ পাঞ্চজন্যঞ্চ কেশবঃ ।। ১১।
শব্দস্তু দেবদত্তস্য ধনঞ্জয়সমীরিতঃ। পৃথিবীঞ্চান্তরীক্ষঞ্চ দিশশ্চৈব সমাবৃণোৎ ।।১২।।

---

লীক্লং মপৈমপৈ অহুনা মায়কৈপুম্বা পূমলং লংহন্দুনা, কৃষ্ণঅর্জ্জুনবু চাৎলগে হায়বগী মতাঙুম চেলশিল্লকই। অর্জ্জুনস্য মখোয়রোমদা চেনশিল্লি ॥১-৩॥ ভূরিশ্রবা, শাল্ কর্ণ, বৃষসেন, জয়দ্রথ, কৃপ, শল্য অহুগা রথি অথোইবা অশ্বত্থামা—হায়রিবা নিপাল অসি অর্জ্জুন তম্না চেলশিল্লকঈ ॥৪॥ মহারথী নিপাল অসিগী শগোলশিংনা আকাশবু থকচিল্লগে হায়বগী মতাঙুম্ মমায় ঙন্খত্নুনা ময়া হ। হা কাহুনা, কৈমউন্না পূমকোয় কোয়শিল্লবা, সনানা ময়েক থোক্না য়েক্লবা শারবা থা তনা লৈতেংলবা রথশিং অহুবু নুংশিৎকী মমাঙ্ মমাঙ থানা পুশিল্লকই। মখোয় অদু মায়কৈতরা কোয়রৈ লৈহনা য়েংঙি ॥৫॥ লায়গী খুৎশুখুৎলায়, পোৎলোই শম্পাৎনা থল্লবা মহারথীশিং অসিনা ঙনোংগী মতৌঙুম্না লুম্লবা ঙংলবা খোঞ্জেলথোক্লবা রথশিং অহুদা তোংখত্নুনা তেলশিংগী মপৈনা মায়গৈ পূম্বা পূমকুপ্ কুপ্তুনা অর্জ্জুন তম্না পাইশিল্ ফুজিল্লকই ॥৬॥ অকব-মরিল্লৈরবা জাত্তা পোক্লবা, মচু তোঙাল্ তোঙাল্লবা, থোইনা য়াঙলবা শগোলশিং অসিনা মহারথীশিং অহুবু লালফমদা পুশিল্লক্তুনা মায়কৈতরা ওন্দুনা থোইদোক্না নীংথিজখি ॥৭॥ মহারাজ! কৌরবপক্ষগী অথোঈবা লান্মীশিংনা নচাঈবুংঙো দুর্য্যোধনবু কনগে হায়না খন্দুনা, থোঈনা কল্লবা ফজরবা, লমদম তোঙাল তোঙান্বদা পোক্লবা, চীঙলমদমদা পোক্লবা, তুরেল্লা থল্লা লৈরবা দেশদা পোক্লবা, শিন্ধুদেশদা পোক্লবা শাগোলশিং অহু পৌজিল্লক্তুনা অর্জ্জুনবু পূমকোয় কোয়রে ॥৮-৯॥ মহারাজ! অসিগী তুংদা, লালফমদা লৈরিবা অহুক য়াম্বা অকনবা লান্মীশিং অহুনা আকাশ পাতাল ফাওনা নিল্লবা মখোয়গী মোইবুং ময়াম্ অহু খোংগৎখি ॥১০॥ মতৌ অসুম্না নিপা অথোঈবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমকসু জগৎকী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা মোইবুং অনী অহুবু পায়খত্নুনা খোংখি। কৃষ্ণগী মোঈবুংনা পাঞ্চজন্য, অর্জ্জুনগী মোঈবুংনা দেবদত্তনি ॥১১॥ অর্জ্জুন মথন্তগী দেবদত্ত

তথৈব পাঞ্চজন্যোঽপি বাসুদেবসমীরিতঃ। সর্বশব্দানতিক্রম্য পূরয়ামাস রোদসী ॥১৩॥

তস্মিংস্তথা বর্ত্তমানে দারুণে নাদসঙ্কুলে। ভীরূণাং ত্রাসজননে শূরাণাং হর্ষবর্দ্ধনে ॥১৪॥

বাদিতাসু চ ভেরীষু ঝর্ঝরেষানকেষু চ। মৃদঙ্গেষু চ রাজেন্দ্র! বাদ্যমানেষনেকশঃ ॥১৫॥

মহারথাঃ সমাখ্যাতা দুর্য্যোধনহিতৈষিণঃ। অমৃষ্যমাণাস্তং শব্দং ক্রুদ্ধাঃ পরমধন্বিনঃ ॥১৬॥

( বিশেষকম্ )

নানাদেশ্যা মহীপালাস্তৎসৈন্যপরিরক্ষিণঃ। অমর্ষিতা মহাশঙ্খান্ দধ্মুর্বীরা মহারথাঃ।
কৃতে প্রতিকরিষ্যন্তঃ কেশবস্যার্জ্জুনস্য চ ॥১৭॥

বভুব তব তৎ সৈন্যং শঙ্খশব্দসমীরিতম্। উদ্বিগ্নরথনাগাশ্বমস্বস্থমিব চ প্রভো! ॥১৮॥

তৎ প্রবিদ্ধমিবাকাশং শূরৈঃ শঙ্খনিনাদিতম্। বভুব ভৃশমুদ্বিগ্নং নির্ঘাতৈরিব নাদিতম্ ॥১৯॥

স শব্দঃ সুমহান্ রাজন্! দিশঃ সর্ব্বা নিনাদয়ন্। ত্রাসয়ামাস তৎ সৈন্যং যুগান্ত ইব সংভৃতঃ ॥২০॥

ততো দুর্য্যোধনোঽষ্টৌ চ রাজানস্তে মহারথাঃ জয়দ্রথস্য রক্ষার্থং পাণ্ডবং পর্য্যবারয়ন্ ॥২১॥

ততো দ্রোণস্ত্রিসপ্তত্যা বাসুদেবমতাড়য়ৎ। অর্জ্জুনঞ্চ ত্রিভির্ভল্লৈর্ধ্বজমশ্বাংশ্চ পঞ্চভিঃ ॥২২॥

---

কৌব: মোঈবুংগী খোঞ্জেল্না আকাশ পাতাল্ পৃথমল্ থনখি ॥১২॥ মতৌ অসিগুম্না কৃষ্ণগী পাঞ্চজন্যগী মখোন্তনা অকাশ পাতাল পৃথমন্ থন্‌খি ॥১৩॥ নিংথৌ অথোঈবা! কিগনবা পাণ্ডবশিংগীদি অকিবগী মশক ওইবা, অত্তগা অকনবা মথৌনা লৈবা মীশিংগী মফমদদি নুংঙাঈনফম্-ঈচংথোনফম্ ওইবা মোইবুংগী খোঞ্জেল্না অতৎ অথম্ লৈতনা নিঙ্গরক্লবদা, মাতুগা লোয়ন লোয়ননা পুংশেল যন্ত্র মথল মখল্না খোগং রৈখৎনরক্লবদা, অকনবনি হায়না খোয়রবা নাপল তৌরবা, দুর্য্যোধনগী জয় ওঈননবা মঙ্গল ওঈনবত শল্লবা কৌরব লাল্মী অকন্‌বা পুম্বা মাত্থ তাদুনা খাওহুনা লৈবা ওম্মক্তে,— অশাউবনা ঈ কান্দরক্লে ॥১৪-১৬॥ মহারাজ! অভদগীদি কৌরবপক্ষগী অকন্‌বা রথী মহারথীশিং অতনস্থ খোঈদোক্না শাউনখিড়না কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্কী মথক্তা চপ্ চানা লমন্ খুম্‌খিগনি হায়ত্তুনা মাগী মাগী চাউববা তৌরবা মোঈবুংশিং অদু পায়দুনা খোংনখি ॥১৭॥ মহারাজ! নাকোং মেঞ্জিন্দুনা খাঙনবগী মশক্ ওঈরবা মোঈবুংশিংগী অদুগা মস্ত্র ময়ামদুগী খোঞ্জেল্না কৌরব লাল্মীশিংগী মনুংদা খোঙমী কয়া কয়াদি, শগোল শামু কয়া কয়াদি মমীৎমনা কয়া তথক্-খিড়না জান তাদনা কাইদুনা লৈনখি ॥১৮॥ অকন্‌বশিং অদুনা নোং খাকপা খোংবগী মতৌগুম্ হৌরবা মোঈবুংশিং অদু খোংগৎনরক্লবদা—নোংমদোন মকোয়সিমক চৈনা ফংদুনা ওংবগুম্ তৌখি ॥১৯॥ মহারাজ! প্রলয়গী মতম্‌দা হুম্লক্‌পা নুংশিৎ ঈপোম-ঈপোমগী খোঞ্জেলগুম্ হৌরবা ওংলবা মখোল অসিনা মায়গৈ তরাবু থক্ থক্ নীক্‌হন্দুনা অদুক য়াম্বা লাল্মীশিং অদুবু থক্ থক্ নীক্‌হনখি-মিপাইহন্‌খি ॥২০॥

অদুগী তুংদা দুর্য্যোধন অদুগা মহারথী নিপাল অদুনা জয়দ্রথবু কনগে হায়বগীদমক্ চেলশিল্লক্তুনা অর্জ্জনবু পৃমকোয় কোয়রে—॥২১॥ অদুগীতুংদা অশ্বত্থামানা তাম চীন্‌শাবা তেল

তমর্জ্জুনঃ পৃষৎকানাং শতৈঃ ষড়্ভিরতাড়য়ৎ। অত্যর্থমিব সংক্রুদ্ধঃ প্রতিবিদ্ধে জনার্দ্দনে ॥২৩॥
কর্ণঞ্চ দশভির্বিদ্ধা বৃষসেনং ত্রিভিস্তথা। শল্যস্তু সশরং চাপং মুষ্টৌ চিচ্ছেদ বীর্য্যবান্।
গৃহীত্বা ধনুরন্যত্তু শল্যো বিব্যাধ পাণ্ডবম্ ॥২৪॥
ভূরিশ্রবাস্ত্রিভির্ব্বাণৈর্হেমপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ। কর্ণো দ্বাত্রিংশতা চৈব বৃষসেনশ্চ পঞ্চভিঃ ॥২৫॥
জয়দ্রথস্ত্রিসপ্তত্যা কৃপশ্চ দশভিঃ শরৈঃ। মদ্ররাজশ্চ দশভির্বিব্যধুঃ ফাল্গুনং রণে ॥২৬॥
( যুগ্মকম্ )

ততঃ শরাণাং ষষ্ট্যা তু দ্রৌণিঃ পার্থমবাকিরৎ। বাসুদেবঞ্চ সপ্তত্যা পুনঃ পার্থঞ্চ পঞ্চভিঃ ॥২৭॥
প্রহসংস্তু নরব্যাঘ্রঃ শ্বেতাশ্বঃ কৃষ্ণসারথিঃ। প্রত্যবিধ্যৎ স তান্ সর্ব্বান্ দর্শয়ন্ পাণিলাঘবম্ ॥২৮॥
কর্ণং দ্বাদশভির্বিদ্ধা বৃষসেনং ত্রিভিঃ শরৈঃ। শল্যস্য সশরং চাপং মুষ্টিদেশে ন্যকৃন্তত ॥২৯॥
সৌমদত্তিং ত্রিভির্বিদ্ধা শল্যঞ্চ দশভিঃ শরৈঃ। শিতৈরগ্নিশিখাকারৈর্দ্রৌণিং বিব্যাধ চাষ্টভিঃ ॥৩০॥
গৌতমং পঞ্চবিংশত্যা সৈন্ধবঞ্চ শতেন হ। পুনর্দ্রৌণিঞ্চ সপ্তত্যা শরাণাং সোঽভ্যতাড়য়ৎ ॥৩১॥
ভূরিশ্রবাস্তু সংক্রুদ্ধঃ প্রতোদং চিচ্ছিদে হরেঃ। অর্জ্জুনঞ্চ ত্রিসপ্তত্যা বাণানামাজঘান হ ॥৩২॥

---

হুন্ফ্তরাহুমদোইনা কৃষ্ণদা অহুম্না অর্জ্জুনদা, মঙানা ফিরাঙ্গা অতুগা মরিনা শগোন্দা কন্না থাখি ॥২২॥ অশ্বত্থামানা কৃষ্ণদা থারকপসিদা অর্জ্জুননা থোইদোক্না শাউখিহুনা, তেলচাতরুক্না অমুক্তদা অশ্বত্থামাদা কন্না থাখি ॥২৩॥ অতুগী তুংদা অর্জ্জুননা কর্ণদা তেল তরা, বৃষসেনদা অহুম্না কন্না থারগা, তেঙ্গাথোংহুনা লৈরিবা শল্যগী লীরুং অহুবু খুহম্ মথক্তা ককথৎখি অতুদগীদি শল্যস্থ অতোপ্পা লীরুং অম লৌখত্তুনা অর্জ্জুনদা মনম্মনম্ কাপশিনবা হৌখি ॥২৪॥ মতম অসিদা, ভূবিশ্রবানা সনানা তেন্না তেনকোক্ পানবা, মথৌ শঙ্লবা খোরবা তেল অহুম্না, কর্ণনা কুন্থ্রানীথোইনা, বৃষসেননা মঙানা, জয়দ্রথনা হুন্ফ্তরাহুম্দোইনা কৃপাচার্য্যনা 'তরানা' অতুগা শল্যনা তরানা অর্জ্জুনদা থারকই ॥২৫-২৬॥ অতুগী তুংদা অশ্বত্থামানা তেল হুন্ফুনা অর্জ্জুনদা, হুন্ফ্তরানা কৃষ্ণদা খাপগা অমুকস্থ থুনায়াঙ্না তেল মঙানা অর্জ্জুনদা কন্না থাখি ॥২৭॥ মতম্ অদুদা নিপা অখোইবা, কৃষ্ণনা সারথি ওইবা, অর্জ্জুননা মশাগী মখুৎ থুবা উত্তূনা মোমোন্-মোমোন্ নোক্তুনা মখোয়পুম্বদা মীপুমথীৎনা কন্না কন্না থাবা হৌরকলে ॥২৮॥ অতুগী তুংদা অর্জ্জুননা তেল অহুম্না কর্ণদা, অহুম্ অমনা বৃষসেনদা থাবগা, তেঙ্গাথোংহুনা তেল চীঙহুনা লৈরিবা শল্যগী লীরুং অহু অমুকস্থু খুহুম্ মথকুমক্তদা ককথৎখি ॥২৯॥ অতুগী তুংদা খোরবা তেল অহুম্না ভূরিশ্রবাদা, তরানা শল্যদা থারগা, মৈরীগী মতৌগুন্না চাক্লবা লংলবা তেলনিপান্না অশ্বত্থামাগী থজীন্দা কন্না থাখি ॥৩০॥ অতুগী তুংদা তেল কুন্মঙানা কৃপাচার্য্যদা চামনা জয়দ্রথদা হুন্ফূতরা অমনা অমুক অশ্বত্থমাদা কন্না থাখি ॥৩১॥ অতুগী তুংদা ভূবিশ্রবানা থোইদোক্না শাউখিহুনা কৃষ্ণগী খুত্তা পায়রিবা শাজৈ অহু ককথৎখি। অতুদগী খোরবা তেল

ততঃ শরশতৈস্তীক্ষ্ণৈস্তানরীন্ শ্বেতবাহনঃ। প্রত্যষেধত সংক্রুদ্ধো মহাবাতো ঘনানিব ॥৩৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

জয়দ্রথবধে সঙ্কুলযুদ্ধে ঊননবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

কৃষ্ণ, তরাহুম্‌দোইনা অর্জ্জুনগী থজীন্দা বন্না থাখি ॥৩২॥ অহুদগীদি চাউরবা কল্লবা নুংশিৎকী ইপোম্ অমনা নোংমপৈমপৈবু হাটদোকপা থিংবত্তগুন্না অর্জ্জুননা মশীং লাকঙম্‌দবা তেলগী মপৈবু অমুক অমুক্ত কাপশিল্লক্তূনা য়েক্লবময়াম্‌তবু হাটজিন্‌বায়াদনা থিংহুনথম্‌খি ॥৩৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মন্নুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী মরিফুমাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ॥X

---

# শ্রীমহাভারতম্

## নবতিতমোঽধ্যায়ঃ।

মরিফুত্তরাশুবা অধ্যায়

( ফিরাল মখল মখলগী বর্ণন তৌবা )

—————৹-০-৹—————

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

ধ্বজান্ বহুবিধাকারান্ ভ্রাজমানানতিশ্রিয়া। পার্থানাং মামকানাঞ্চ ত্বং সমাচক্ষ্ব সঞ্জয়! ॥১॥

সঞ্জয় উবাচ।

ধ্বজান্ বহুবিধাকারান্ শৃণু তেষাং মহাত্মনাম্। রূপতো বর্ণতশ্চৈব নামতশ্চ নিবোধ মে ॥২॥

তেষান্তু রথমুখ্যানাং রথেষু বিবিধা ধ্বজাঃ। প্রত্যদৃশ্যন্ত রাজেন্দ্র! জ্বলিতা ইব পাবকাঃ ॥৩॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! নত্তাক্রা, ঐগী ইচাশিংগী পক্ষগী অমদি পাণ্ডব পক্ষগী রথী লান্মীশিংগী মখলমখা অয়াম্বা মওং মচুগী, ফজরবা ফিরালশিংতুগী মরমদা অমুক্তা হায়থরকউ ॥১॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! লান্দা তন্দ্রবা, বল্লবা, মথ্বাই চাউরবা লান্মীশিংতুগী মচু মচুগী মওং মওংগী ফিরাল্‌শিং অড়গী মরমদা মুন্না তাবিয়ু ॥২॥ নিংথৌ অথোইবা! রথী মহারথী অথোইবশিংগী ফিরাল্‌শিং অহু মৈরি থোক্না চাক্লবা মৈরী অমমমগী মতৌগুন্না অকিবা কংনা

কাঞ্চনাঃ কাঞ্চনাপীড়াঃ কাঞ্চনস্রগলঙ্কৃতাঃ। কাঞ্চনানীব শৃঙ্গাণি কাঞ্চনস্য মহাগিরেঃ ॥৪॥
অনেকবর্ণা বিবিধা ধ্বজাঃ পরমশোভনাঃ। তে ধ্বজাঃ সংবৃতাস্তেষাং পতাকাভিঃ সমন্ততঃ।
নানাবর্ণবিরাগাভিরশোভন্ত সমুচ্ছ্রিতাঃ ॥৫॥ (যুগ্মকম্)

পতাকাশ্চ ততস্তাস্তু শ্বসনেন সমীরিতাঃ। নৃত্যমানাঃ স্ম দৃশ্যন্তে রঙ্গমধ্যে বিলাসিকাঃ ॥৬॥
ইন্দ্রায়ুধসবর্ণাভাঃ পতাকা ভরতর্ষভ!। দোধূয়মানা রথিনাং শোভয়ন্তি মহারথান্ ॥৭॥
সিংহলাঙ্গুলমুগ্রাস্যং ধ্বজং বানরলক্ষণম্। ধনঞ্জয়স্য সংগ্রামে প্রত্যপশ্যাম ভৈরবম্ ॥৮॥
স বানরবরো রাজন্! পতাকাভিরলঙ্কৃতঃ। ত্রাসয়ামাস তৎ সৈন্যং ধ্বজো গাণ্ডীবধন্বনঃ ॥৯॥
তথৈব সিংহলাঙ্গুলং দ্রোণপুত্রস্য ভারত!। ধ্বজাগ্রং সমপশ্যাম বালসূর্য্যসমপ্রভম্ ॥১০॥
কাঞ্চনং পবনোদ্ধূতং শক্রধ্বজসমদ্যুতিম্। নন্দনং কৌরবেন্দ্রাণাং দ্রৌণের্লক্ষ্ম সমুচ্ছ্রিতম্ ॥১১॥
হস্তিকক্ষা পুনর্হৈমী বভূবাধিরথের্ধ্বজঃ। আহবে খং মহারাজ! দদৃশে পূরয়ন্নিব ॥১২॥
পতাকা কাঞ্চনী স্রগ্বী ধ্বজঃ কর্ণস্য সংযুগে। নৃত্যতীব রথোপস্থে শ্বসনেন সমীরিতঃ ॥১৩॥

তগুপ্ তরেংনা ফজখি ॥৩॥ সুমেরু কোবা চীঙজাওগী সনাতগী মশক্ ওইবা চীঙদোনশিং অদুগী মতৌগুম্বা, সনাতনা শাবা, মতোন্দা সনাত্তোপ্পা, সনরীক্ পরেংনা হাই হুম্না লৈতেংবা, মচু তোওাল তোঙানবগী ফিরালশিং অদু থোইনহেন্না নীওখিজে। মচু মওং তোঙাল তোঙালবগী ফিরাল মচা মচানা মকমুমকমদা থেৎপা য়ানবা অচৌবা ফিরালশিং অদু লালকম্ অদুদা থোইনা নীওখিজখি ॥৪-৫॥ ফিরালশিং অদু নুংশিংনা হুম্বদা লালকম্দা থেক্না নৌনা জগোঈ শাবীশিংগী মতৌগুম্না উই ॥৬॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা, মহারাজ! রথীশিং অদুগী চুমথাং খনবগী মতৌগুম্নবা নুংশিংনা ইপোম হৌহল্লবা ফিরাল মচাশিং অদুনা রথমথক্তা তোংলিবা মহারথীশিং অদুবু থোইনা নীওখিজহন্খি ॥৭॥ মহারাজ! লালকম্ অদুদা ঐথোয় অউবখিবিরু অর্জুনগী ফিরাল অদু ময়েক্ লানা উখি। ফিরাল অদুগী মথক্তা য়োংগী মূর্ত্তি অমা লৈ। মাগী মমৈদি নোংশাগী মমৈগুম্মি। মমায়সু নোংশাগী মমায়গুম্মি। য়াম্না অকিবগী মশাক্ ॥৮॥ মহারাজ! য়োং অথোইবা, অদুনা মথক্তা তোংবা, ফিরাল অদুনা কৌরব লান্মী পুম্নমক্কী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোকহন্খি ॥৯॥ ভরতশাগৈগী নুংঙাইননবগী মশক ওইরবা মহারাজ। মতৌ অসিগুম্না ঐথোয়না অশ্বথামাগী ফিরাল অদুবুসু উরম্মি। অশ্বথামাগী ফিরাল অসি নৌনা থোরকপা নুমিৎকী মতৌগুম্না নীওখিজে। ফিরানদা নোংশাগী মমৈ য়েক্‌ই ॥১০॥ সনাহৎলবা নুংশিৎনা হাইহুম্নবা, চুমখাংগী মচুগুম্না তোঙাল্ তোঙান্বা মচু পুম্নবা, কৌরব লান্মী খিবিক্কী পুক্নীং থৌগৎনকম্ ওইরবা অশ্বথামাগী ফিরাল অসি কৌরব লান্মী মপৈদুগী মরক্তা তোম্খিল্লা রাংচাউরবা চৈথোক্তা হায়গৎলক্‌ই ॥১১॥ মহারাজ! কর্ণগী ফিরান্দা মাগী খুদম্ ওইনা, সনানা শাবা, শামুগী মবুক্তা কিনবা চাউরবা থোরী অমা নপ্লি থেৎলি। নোংমদোন্ মকোয় অসি পুম্নখনথল্না কুপ্ শিল্লগে হায়বগী মত্তাগুম্ হাইগৎলম্‌ই ॥১২॥ সনাগী পরেংনা য়াম্নরবা, নুংশিংকী মরক্তা হাই হুম্নবা ফিরাল অদুনা কর্ণগী রথ মথক্তা থোইনা

আচার্য্যস্য চ পাণ্ডূনাং ব্রাহ্মণস্য যশস্বিনঃ । গোবৃষো গৌতমস্যাসীৎ কৃপস্য চ পরিষ্কৃতঃ ॥১৪॥
স তেন ভ্রাজতে রাজন্ গোবৃষেণ মহারথঃ । ত্রিপুরারে রথো যদ্বদ্গোবৃষেণ বিরাজতা ॥১৫॥
ময়ূরো বৃষসেনস্য কাঞ্চনো মণিরত্নবান্ । ব্যাহরিষ্যন্নিবাতিষ্ঠৎ সেনাগ্রমতিশোভয়ন্ ॥১৬॥
তেন তস্য রথো ভাতি ময়ূরেণ মহাত্মনা । যথা স্কন্দস্য রাজেন্দ্র ! ময়ূরেণ বিরাজতা ॥১৭॥
মদ্ররাজস্য শল্যস্য ধ্বজাগ্রেঽগ্নিশিখামিব । সৌবর্ণীং সমপশ্যাম সীতামপ্রতিমাং শুভাম্ ॥১৮॥
সা সীতা ভ্রাজতে তস্য রথমাস্থায় মারিষ ! । সর্ব্বীজবিরূঢ়েব যথা সীতা শ্রিয়া বৃতা ॥১৯॥
বরাহঃ সিন্ধুরাজস্য রাজতোঽভিবিরাজতে । ধ্বজাগ্রে লোহিতার্কাভো হেমজালপরিষ্কৃতঃ ॥২০॥
শুশুভে কেতুনা তেন রাজতেন জয়দ্রথঃ । যথা দেবাসুরে যুদ্ধে পুরা পুষাস্ম শোভতে ॥২১॥
সৌমদত্তেঃ পুনর্যূপো যজ্ঞশীলস্য ধীমতঃ । ধ্বজঃ সূর্য্য ইবাভাতি সোমশ্চাত্র প্রদৃশ্যতে ॥২২॥
স যূপঃ কাঞ্চনো রাজন্ ! সৌমদত্তের্বিরাজতে । রাজসূয়ে মখশ্রেষ্ঠে যথা যূপঃ সমুচ্ছ্রিতঃ ॥২৩॥

---

নীঙখিজখি ॥১৩॥ কৌরব পাণ্ডব অনীমক্কী শুৎলায়গী গুরু ব্রাহ্মণ ওইরবা, মিংচৎ চাউরবা, গৌতম গোত্রদা পোক্লবা কৃপাচার্য্যগী ফিরাল্ চৈখোক্কী মথক্তা তরু তরুরবা ফিরাল্ অদুদা চাউরবা মঙ্গাও অমা য়েক্‌ই ॥১৪॥ মহারাজ ! মহাদেবগী ফিরান্দা মঙ্গাওগী মূর্তি অমনা লৈতেংবদুগুম্না কৃপাচার্য্যগী ফিরালস্তু মঙ্গাওগী মূর্তি অমনা থোইনা নীঙখিজখি ॥১৫॥ বৃষসেনগী ফিরান্দা সনা অমদি মণিমুক্তা হৃৎলবা রাহোংগী মূর্তি অমা নক্কি ; মাদু মহাক্কী লাশ্মী তেঙ্গোলগী মমাঙদা থোক্কিদোক্লা নীঙখিক্তে । য়েক্লবশিংগী মমীত্তা অকিনা পোক্‌হন্দুনা ওইনা ফিরাল অদু হাইগদুনা বৃষসেননা লালকম্‌দা চোংথোরক্কি ॥১৬॥ নিংথৌ অশোইবা ! লাইগী সেনাপতি স্বামী কার্ত্তিকক্কী ফিরান্দা রাহোংনা লৈতেংবদুগুম্না বৃষসেনগী ফিরাল অদুস্তু সনাগী রাহোং অদুনা থোক্তোক্লা নীঙখিজে । অদুগুম্না ফিরাল অদুনা বৃষসেনগী রথগী লৈতে ওইখি ॥১৭॥ মহারাজ শল্যগী ফিরান্দা মৈরিগী মতৌগুম্না লাংলবা, পান্দমনীডাই লৈতনা ফজরবা, লাঙ্গলগী লোংথুম্‌গী লীক্লম্ অমা য়েক্‌ই । ॥১৮॥ ইকায়খুম্নবগী মশক ওইরবা নিংথৌ ! লৌবুক্তা মরা পূম্নমক্না ময়োন চোংলক্লবমতমদা নীঙখিজরবা লাঙ্গোলগী লীক্লমনা ফজবদুগুম্না সনাগী লাঙ্গোল লীক্লমগী চিত্র অদুনা শল্যগী ফিরান্দা থোইদোক্না নীঙখিজখি ॥১৯॥ সিন্ধুরাজ জয়দ্রথগী রাংচাউরবা ফিরান্দা, নোন থোরকপা নুমিৎকী মঙালগুম লাংলবা, সনাগী মরীনা লোন্দুনা শারবা হক্লবা ওক্কী মূর্তি অমা লৈ ॥ মেংবদা থোইনা নীঙখিজে ॥২০॥

মমাংদা লাইশিংচাবশিংগী লাঙ্গাওগী মতমদা নুমিৎনা থোইনা নীংখিজখিবদুগুম্না, সনা লুপানা ওগুপ তরেংনা থাম্লবা ফিরাল্ন লৈতেংলবা রথ মথক্ অদুদা জয়দ্রথস্তু থোইনা নীঙখিজখি ॥২১॥ যজ্ঞদাননচিংবা কৌরবদা পূক্নীং চঙ্‌লবা, শিংলবা কল্লবা ভূরিশ্রবাগী ফিরাল, অদুদা য়েক্লিবা যজ্ঞগী যুপ্বীগী মূর্তি অদুনা নুমিৎকী মতৌগুম্না পূমঙাল্ ওল্লম্মি । মরক্তা থাগী মূর্তি অমস্তু ঈরং লংনা উবা ফংই ॥২২॥ মহারাজ ! যজ্ঞ অথোইবা রাজসূয়দা থাংগৎ হাইগৎলকপা ফিরালগী

শল্যস্য তু মহারাজ! রাজতো দ্বিরদো মহান। কেতুঃ কাঞ্চনচিত্রাঙ্গৈ র্ময়ূরৈরুপশোভিতঃ ॥২৪॥
স কেতুঃ শোভয়ন্ সৈন্যং তাবকং ভরতর্ষভ!। যথা শ্বেতো মহানাগো দেবরাজচমূং তথা ॥২৫॥
নাগো মণিময়ো রাজ্ঞো ধ্বজঃ কাঞ্চনসংবৃতঃ। কিঙ্কিণীশতসংহ্রাদো রাজংশ্চিত্রো রথোত্তমে ॥২৬॥
ব্যভ্রাজত ভৃশং রাজন্! পুত্রস্তব বিশাংপতে!। ধ্বজেন মহতা সংখ্যে কুরূণামৃষভস্তদা ॥২৭॥
নবৈতে তব বাহিন্যামুচ্ছ্রিতাঃ পরমধ্বজাঃ। ব্যদীপয়ংস্তে পৃতনাং যুগান্তাদিত্যসন্নিভাঃ ॥২৮॥
দশমস্ত্বর্জ্জুনস্যাসীদেক এব মহাকপিঃ। অদীপ্যতার্জ্জুনো যেন হিমবানিব বহ্নিনা ॥২৯॥
ততশ্চিত্রাণি শুভ্রাণি সুমহান্তি মহারথাঃ। কার্ম্মুকাণ্যাদদুস্তূর্ণমর্জ্জুনার্থে পরন্তপাঃ ॥৩০॥
তথৈব ধনুরায়চ্ছৎ পার্থঃ শত্রুবিনাশনম্। গাণ্ডীবং দিব্যকর্ম্মা তদ্রাজন্! দুর্মন্ত্রিতে তব ॥৩১॥
তবাপরাধাদ্ধি নৃপা নিহতা বহবো যুধি। নানাদিগ্‌ভ্যঃ সমাহূতাঃ সহয়াঃ সরথদ্বিপাঃ ॥৩২॥
তেষামাসীদ্ব্যতিক্ষেপো গর্জ্জতামিতরেতরম্। দুর্য্যোধনমুখানাঞ্চ পাণ্ডূনামৃষভস্য চ ॥৩৩॥

---

মতৌগুম্না, সনাতনা পীক্থন্না হৎলবা, ভূরিশ্রবাগী ফিরাল অদু থোইদোক্না নীঙথিজৈ ॥২৩॥ মহারাজ! শল্য কৌবা অকনবা রথী অদুগী রথগী মথক্তা, লুপাতনা হত্নুনা শাবা শামুগী মূর্ত্তিনা থোইদোক্না নীঙথিজনা ফিরাল অমা য়ুংখৎলম্মী। মরক মরক্তা সনা মরীক মরীক্না মশাদা তগুপ তরেংনা নীঙথিজরবা রাহোংগী মূর্ত্তি অমনস্মু থোয়না নীঙথিজৈ ॥২৪॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা! ভৌরবা অনন্ত কৌবা ফিগ্না লাইগী লাম্মী তেঙ্গোলগী মরক্তা থোঙ্গদোক্না ফজবদুগুম্না হায়রিবা ফিরাল অসিনা কৌরব লাম্মীশিংগী লৈতেং অমগুম্না পোইনা নীঙথিজখি ॥২৫॥ মহারাজ! দুর্য্যোধনগী রথদা জিল য়েবুপা সনা অমদি মণিনা হৎল-তারবা থোরীনা য়েৎলবা রাংচাউরনা ফিরাল অমনা থোঙ্গদোক্না নীঙথিজখি খাংশরিক চাম চামনা ফিরালগী অকোয়বদা হাইহুম্না য়ান্থরম্মী ॥২৬॥ মহারাজ! অসিগুম্বা রথ তদুগী মথক্তা নচা ঈবুঙো যুধিষ্ঠির থোঙ্গদোক্না নীঙথিজখি ॥২৭॥ মহারাজ! হায়রিবা ফিরাল মাপল অসিনা, প্রলয়গী মতমদা থোকপা লংলবা চাক্লবা নুমিৎ মাপললগী মতৌগুম্না কৌরব লাম্মী তেঙ্গোল মরক্তা থোইনা নীঙথিজখি ॥২৮॥ হায়রিবা মাপল অসিগী মথক্তা, চীঙদোন্দা চাক্পা মৈরিনা, হিমালয়না থোইনা নীঙথিজবদুগুম্না, তরাশুন্দা খ্বায়দগী হেন্না ফজবদি অর্জ্জুনগী হনুমান্‌গী মূর্ত্তিনা অকিবা কংনা লৈতেংবা, অর্জ্জুনগী ফিরাল অদুনি ॥২৯॥ অদুগী তুংদা, য়েকনবশিংবু অরাবা পীওন্বা বর্ণনচিংবা মহারথীশিংনা অসিগুম্বা অর্জ্জুনবু ঙাক্থোব্কে হায়বগীদমক মখোয়গী চাওশাংলবা ভৌরবা লীরুংশিং অদু পায়থৎনরকৃঈ ॥৩০॥ মহারাজ! মহারাজনা পাণ্ডবশিংবু মাঙন তারুবগী মন্ত্রনা তৌখিবদুগী মহৈনা অর্জ্জুনস্মু য়েরুবা পুম্ববু তুম্না মাঙহন্‌বা ঙম্বা গাণ্ডীববু পায়খত্তুনা লীরী হাপ্‌খি ॥৩১॥ মহারাজনা তৌবিখিবা কর্ম্মগী দোষনা নিংথৌ কয়া কয়ানা মাগী শগোল শামু রথগা লোয়ননা লালকম্‌দা মথরাই থানরকলে ॥৩২॥ অসিগী তুংদা, অমগমগা কন্না লাউথোংহুনা ক্রক্ ক্রক্ ইন্‌শিন্না চঙ্‌শিল্লরুবা দুর্য্যোধনচিংবা অকন্‌বা

তত্রাদ্ভুতং পরং চক্রে কৌন্তেয়ঃ কৃষ্ণসারথিঃ। যদেকো বহুভিঃ সার্দ্ধং সমাগচ্ছদভীতবৎ ॥৩৪॥
অশোভত মহাবাহুর্গাণ্ডীবং বিক্ষিপন্ ধনুঃ। জিগীষুতান্ নরব্যাঘ্রান্ জিঘাংসুশ্চ জয়দ্রথম্ ॥৩৫॥
তত্রার্জ্জুনো মহারাজ! শরৈর্মুক্তৈঃ সহস্রশঃ। অদৃশ্যানকরোদ্‌যোধাংস্তাবকান্ শত্রুতাপনঃ ॥৩৬॥
ততস্তেঽপি নরব্যাঘ্রাঃ পার্থং সর্ব্বে মহারথাঃ। অদৃশ্যং সমরে চক্রুঃ সায়কৌঘৈঃ সমন্ততঃ ॥৩৭॥
সংবৃতে নরসিংহৈস্তৈঃ কুরূণামৃষভেঽর্জ্জুনে। মহানাসীৎ সমুদ্ধূতস্তস্য সৈন্যস্য নিস্বনঃ ॥৩৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে ধ্বজবর্ণনে নবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

——(:০:)——

লান্মীশিংনা পাণ্ডব অথোইবা অর্জ্জুনগা কন্না থেংনবা হৌরকলে ॥৩৩॥ মতম অসিদা কৃষ্ণনা সারথি ওইরবা অর্জ্জুননা অঙকপা থবক্ কযা তৌবা হৌরকলে। মহাক্কী অসিগুম্বা বিদ্যা অমদি শক্তিনা মতাক্ মথন্তনা অহুক যাম্বা অকনবশিং অহুগা পানরম্মি ॥৩৪॥ অহুগী ভুংদা অর্জ্জুননা নিংথৌ অকনব'শ' অহুবু মায়থীবা পীবগা জয়দ্রথবু হাৎকে হায়না থন্দুনা অতং অথম লৈতনা গাণ্ডীবগী লীরীবু চিংহুনা, তেল মপৈ মপৈ কাপথোবকপা অর্জ্জুন অহু য়েংবদা থোক্টনা নীঙথিজৈ ॥৩৫॥ মহারাজ! অর্জ্জুননা অতং অথম লৈতনা কাপথোরকপা তেল লিশিং লিশিং অহুনা পুমকুপ কুপশিন্‌খিহুনা অহুক্ যাম্বা কৌরবকী অকন্‌বশিং অহু অমতা মশক উখিদ্রে ॥৩৬॥ অহুদগীদি মহাবগীশিং অহুনসু মথোযনা কাপশিল্লকপা মশীং লাকুডমদ্রবা তেলশিং অহুনা কুপখিহুনা অর্জ্জুন অসিসু মশক উখিদ্রে ॥৩৭॥ অর্জ্জুনসু তেল্লা কুপখিহুনা মশক উখিদ্রবা মতম্ অহুদা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমক্কী লান্মাশিংনা লাউনরকপহুনা অকিবা ক'লবা খোঞ্জেল্ অমা ওইনা থোক্‌খি ॥৩৮॥

মথম্ তসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা জয়দ্রথ বধগী মন্থদা ধ্বজবর্ণনগী মরিয়ৃতরাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

——————০——————

# শ্রীমহাভারতম্

## একনবতিতমোঽধ্যায়ঃ ।

### মরিফুত্তরামাথোইশুবা অধ্যায়ঃ

( যুধিষ্ঠিরবু থা'দোকখিবগী মতাং )

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ ।

অর্জ্জুনে সৈন্ধবং প্রাপ্তে ভারদ্বাজেন সংবৃতাঃ । পাঞ্চালাঃ কুরুভিঃ সার্দ্ধং কিমকুর্বত সঞ্জয় ॥১॥

### সঞ্জয় উবাচ

অপরাহ্ণে মহারাজ । সংগ্রামে লোমহর্ষণে । পাঞ্চালানাং কুরূণাঞ্চ দ্রোণদ্যূতমভূত্তদা ॥২॥

পাঞ্চালা বিজিঘাংসন্তো দ্রোণং সংহৃষ্টচেতসঃ । অভ্যমুঞ্চন্ত গর্জন্তঃ শরবর্ষাণি মারিষ । ॥৩॥

ততঃ সুতুমুলস্তেষাং সংগ্রামোঽবর্ত্ততাদ্ভুতঃ । পাঞ্চালানাং কুরূণাঞ্চ ঘোরো দেবাসুরোপমঃ ॥৪॥

সর্ব্বে দ্রোণরথং প্রাপ্য পাঞ্চালাঃ পাণ্ডবৈঃ সহ । তদনীকং বিভিৎসন্তো মহাস্ত্রাণি ব্যদর্শয়ন্ ॥৫॥

দ্রোণস্য রথপর্য্যন্তং রথিনো রথমাস্থিতাঃ । কম্পয়ন্তোঽভ্যবর্ত্তন্ত বেগমাস্থায় মধ্যমম্ ॥৬॥

তমভ্যয়াদবৃহৎক্ষত্রঃ কৈকেয়ানাং মহারথঃ । প্রবপন্ নিশিতান্ বাণান্ মহেন্দ্রাশনিসন্নিভান্ ॥৭॥

---

**ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—** সঞ্জয় ! অর্জ্জুননা জয়দ্রথগী মনাক্তা য়োয়রক্রবদা অদুগা দ্রোণগী তেম্না চৈনাখোল্ থোইনা কংলবা পাণ্ডবপক্ষগী পাঞ্চালশিং অদুনা কৌরব লান্মীশিংগা করম্না থেংনখিবগে ? ॥১॥ সঞ্জয়না হায় :—নুমিৎ অদুগী নুমিৎয়ুংবা মতুংদা পাঞ্চালশিংগা কৌরবশিংগা তুজু বপোক্লা অকিবকংনা থেংনখি । লালগী মশক লৌরবা চৌবর অদুদা দ্রোণতনা পোস্থা ওইত্রে ॥২॥ মহারাজ ! পাঞ্চালশিংনা য়াম্না নুংঙাইনা তরাওনা মবুক্তীং থৌগৎপগা লোয়ননা, দ্রোণবু হাৎলগে হায়না থন্দুনা ; লাউখোনা চেল্‌শিল্লক্তুনা তেম্না নো'চুগুম্ দ্রোণলোমদা কাপ্‌শিল্লকই ॥৩॥ ঈকায়থুম্লনবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ ! মতুং অসিদা পাঞ্চালশিংগা কৌরবলাম্নীশিংগা থেংনখিবদুমক্ লাইহিংচাবশিংগী লালগী মতৌগুম্না অকিবা তুজু বা পোক্লা চথখি ॥৪॥ পাঞ্চালশিংনা পাণ্ডবশিংগা লোয়ননা দ্রোণগী নাক্তা ঘৌরক্‌লগা মহাক্তী লান্মী তেঙ্গোল অদুবু চাইখাইগদবগী অওক্পা থুংলায মক্তা শীজিন্নবা হৌরকলে ॥৫॥ শগোলতোংবা অশ্বারোহী রথতোংবা রথীশিংনা ময়ায ওইবা খোঙচত্তা খৌজিল্‌চঙশিল্লক্তুনা লাল্‌ফম্ অদুবু থক্ থক্ নীক্‌হন্না দ্রোণগী রথ মনাক ফাওবা চঙশিল্লকই ॥৬॥ কৈকয়শিংগী মমুংদা মহারথীনি হায়না ফাওরবা বৃহৎক্ষেত্র হায়বদুনা অমময়া ইন্দ্রগী

তস্য প্রত্যুদ্যযৌ শীঘ্রং যোধমুখ্যো মহাযশাঃ। বিমুঞ্চন্ নিশিতান্ বাণান্ শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥৮॥
ধৃষ্টকেতুশ্চ চেদীনামৃষভোঽতিবলোচিতঃ। ত্বরিতোঽভ্যদ্রবদ্দ্রোণং মহেন্দ্র ইব শম্বরম্ ॥৯॥
তমাপতন্তং সহসা ব্যাদিতাস্যমিবান্তকম্। বীরধন্বা মহেষ্বাসস্ত্বরমাণঃ সমভ্যয়াৎ ॥১০॥
যুধিষ্ঠিরং মহারাজং জিগীষুং সমবস্থিতম্। সহানীকং ততো দ্রোণো ন্যবারয়ত বীর্য্যবান্ ॥১১॥
নকুলং কুশলং যুদ্ধে পরাক্রান্তং পরাক্রমী। অভ্যগচ্ছৎ সমায়ান্তং বিকর্ণস্তে সুতঃ প্রভো ॥১২॥
সহদেবং তথায়ান্তং দুর্মুখঃ শত্রুতাপনঃ। শরৈরনেকসাহস্রৈঃ সমবাকিরদাশুগৈঃ ॥১৩॥
সাত্যকিন্তু নরব্যাঘ্রং ব্যাঘ্রদত্তস্ত্ববারয়ৎ। শরৈঃ সুনিশিতৈস্তীক্ষ্ণৈঃ কম্পয়ন্ বৈ মুহুর্মুহুঃ ॥১৪॥
দ্রৌপদেয়ান্ নরব্যাঘ্রান্ মুঞ্চতঃ সায়কোত্তমান্। সংরব্ধো রথিনাং শ্রেষ্ঠঃ সৌমদত্তিরবারয়ৎ ॥১৫॥
ভীমসেনং তথা ক্রুদ্ধং ঘোররূপং ভয়াবহম্। প্রত্যবারয়দায়ান্তমার্শ্যশৃঙ্গির্মহারথঃ ॥১৬॥
তয়োঃ সমভবদ্যুদ্ধং নররাক্ষসয়োর্মৃধে। যাদৃগেব পুরা বৃত্তং রামরাবণয়োর্নৃপ ॥১৭॥
ততো যুধিষ্ঠিরো দ্রোণং নবত্যা নতপর্বণাম্। আজঘ্নে ভরতশ্রেষ্ঠঃ সর্ব্বমর্মসু ভারত ॥১৮॥

---

যজ্ঞগুম্লবা থোবরা তেলমক্তা মনম্‌মনম্ কাপাশিল্লক্তূনা দ্রোণ তম্না চেল্‌শিল্লকই ॥৭॥ মতম অসিদা মিংচৎ চাউরবা ক্ষেমধূর্ত্তি হাযনহুনা অমুক্ অমুক্তা থৌরথৌরবা তেল্ চাম চাম লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইহুনা বৃহৎক্ষেত্রদা অতং অথম্ লৈতনা কাপ্‌শিন্ কাপ্‌শিন্দুনা ফু‌জিল্লকই ॥৮॥ মমাংডৈদা লাইহিংচাবগী লান্দা ইন্দ্রনা শম্বরাসুরগী মফম্‌দা চেন্‌শিনখিবদুগুম্না চেদি লৈপাক্কী অমদি বংশগী অথোইবা মপাঙ্গল মথৌদা মযাই কাররা ধৃষ্টকেতুনা দ্রোণ লোমদা চেনশিন্‌খি ॥৯॥ ময়া কাখোক্তূনা মমাৎ শূক্তোক্তূনা চেলশিল্লকপা মহারাজগী মতৌগুম্বা মহাক্ অসিনা চেনশিল্লকপহুদা কৌরবকী অকনবা লাম্মীশিনা মডোনলোমদা চেলশিল্ল ॥১০॥ অমরোমদা যুধিষ্ঠিরনা থুনাযাওনা জযওইনিংবগী আশাদা, লাম্মী তঙ্গোলগা লোযননা চডলকপা মতম্‌দা কল্লদা হৈরবা দ্রোণনা থিংহুনা থমখি ॥১১॥ মহারাজ! লান্দা হৌশংলবা মথোনা লৈবা নকুলনা চডশিল্লক্রবদা মহারাজগী নচাঈবুংওং কল্লবা বিকর্ণ অসি নকুলগা মাইরোং যাখি ॥১২॥ সহদেবনা চডশিল্লকপা মতম্‌দা য়েক্কবা ওম্‌গনবা দুর্মুখনা শাফুকলগা থৌরব তেল্ মপৈ মপৈ কাপাশন্ কাপশিন্না চেন্‌শিল্লক্কনা সহদেবগী মশা পুম্বা তেন্না পুম্ থাম্ লোমহনখি ॥১৩॥ মতম অসিদা ব্যাঘ্রদত্ত হায়রবহুনা থোডকম নামত লেডদনা তেল্ মনম্ মনম্ কাপাশিল্লক্তূন সাত্যকিবু থিংহুনা থমখি ॥১৪॥ নিপা অথোইবা, দ্রৌপদীগী মচাশিংনা থৌর থৌরবা তেল্ নাম কাপশিল্লকপা মতম অসিদা রথী অথোইবা সোমদত্তগী মচানা লাম্না অশা উবগা লোযননা মহাকপু থিংহুনা থমখি ॥১৫॥ অকিবগী মশক্ ওইরবা, কল্লবা, শাউরবা ভীমসেননা চেলশিল্লকপা মতম্‌দা মহারথী অলম্বুষনা মহাক্তা মায়োক স্নাখি ॥১৬॥ মহারাজ! মমাংডদা, রাম রাবণ অনাগী মরক্তা থোক্‌খিবা লাণ্ডাও অদুগুম্না মী-হিংচাবা ভীম অলম্বুষ অনীগী মরক্তা লাণ্ডাও অমা থোকখি ॥১৭॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা! অসিগী তুংদা ভরতশাগৈগী অথোইবা, কল্লবা যুধিষ্ঠিরনা থৌবা তেল্ মরিফুতরানা দ্রোণগী থজিন্দা কন্না

শক্তিং সমুদ্যতাং দৃষ্ট্বা ধর্ম্মরাজেন সংযুগে। স্বস্তি দ্রোণায় সহসা সর্ব্বভূতান্যথাব্রুবন্‌ ॥৩০॥
সা রাজভুজনির্ম্মুক্তা নির্ম্মুক্তোরগসন্নিভা। প্রজ্বালয়ন্তী গগনং দিশশ্চ প্রদিশস্তথা।
দ্রোণান্তিকমনুপ্রাপ্তা দীপ্তাস্যা পন্নগী যথা ॥৩১॥
তামাপতন্তীং সহসা প্রেক্ষ্য দ্রোণো বিশাংপতে। প্রাদুশ্চক্রে ততো ব্রাহ্মমস্ত্রমস্ত্রবিদাং বরঃ ॥৩২॥
তদস্ত্রং ভস্মসাৎ কৃত্বা তাং শক্তিং ঘোরদর্শনাম্‌। জগাম স্যন্দনং তূর্ণং পাণ্ডবস্য যশস্বিনঃ ॥৩৩॥
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা দ্রোণাস্ত্রং তৎ সমুদ্যতম্‌। অশাতয়ন্মহাপ্রাজ্ঞো ব্রহ্মাস্ত্রেণৈব ভারত ॥৩৪॥
বিব্যাধ চ রণে দ্রোণং পঞ্চভির্নতপর্ব্বভিঃ। ক্ষুরপ্রেণ সুতীক্ষ্ণেন চিচ্ছেদাস্য মহদ্ধনুঃ ॥৩৫॥
তদপাস্য ধনুশ্ছিন্নং দ্রোণঃ ক্ষত্রিয়নন্দনঃ। গদাং চিক্ষেপ সহসা ধর্ম্মপুত্রায় মারিষ ॥৩৬॥
তামাপতন্তীং সহসা গদাং দৃষ্ট্বা যুধিষ্ঠিরঃ। গদামেবাগ্রহীৎ ক্রুদ্ধশ্চিক্ষেপ চ পরন্তপঃ ॥৩৭॥
তে গদে সহসা মুক্তে সমাসাদ্য পরস্পরম্‌। সংঘর্ষাৎ পাবকং মুক্ত্বা সমেয়াতাং মহীতলে ॥৩৮॥
ততো দ্রোণো ভৃশং ক্রুদ্ধো ধর্ম্মরাজস্য মারিষ। চতুর্ভির্নিশিতৈস্তীক্ষ্ণৈর্হয়ান্‌ জঘ্নে শরোত্তমৈঃ ॥৩৯॥

---

উবদা মিপাইনক্ষম ওইরবা তা অত্তু য়ায়া হয়াউনা পাযখৎতুনা লংলক্রবতু'দা, জীবপান্‌বা পুম্নমকী থম্মোনবু থক্‌ থক্‌ নীকহন্‌বা খোঞ্জেন্না সিংহনাদ কন্না লাউরকই ॥২৯॥ তা অত্তু যুধিষ্ঠিরনা পায়-খৎলকপদু হেক উবদা কৌরবলাগী অউবা মখৈনা "দ্রোণগী মঙ্গল ওইসনু-শোক্রবা ওইসনু!" —অসুম হায়না কন্না কন্না লাউনখি ॥৩০॥ যুধিষ্ঠিরগী মখুত্তগী পাইখোবকপা, মকু হুরবা লিলগী মতৌগুম্না, শংলবা লংলবা তা অচুনা মাযগী পুম্বা মশেক্‌ মঙাত্তনা পুমঙাল্‌ ঙাকহন্দুনা মযাকাম্ভোক্রবী মহু পুরবী লিল অমোমগী মতৌগুম্না দ্রোণতম্না পাইশিল্লকই ॥৩১॥ মহারাজ! তা অচুনা পাইশিল্লকপা উবদা খুৎলায় হৈরবা দ্রোণাচার্য্যনা ব্রহ্মাস্ত্র পুথোকখি ॥৩২॥ মতম্‌ অদুদা ব্রহ্মাস্ত্র অদুনা যুধিষ্ঠিরগী তা অত্তু উং ওইনা চাক্‌খোক্‌লম্লগা মিংচৎ চাউরবা যুধিষ্ঠিরগী রথ মথক্তা থোখ্রে ॥৩৩॥ ভরতনন্দন! মহারাজ! মতম্‌ অদো শিংলবা যুধিষ্ঠিরনসু ব্রহ্মাস্ত্র অমা পুথোক্তুনা দ্রোণাচার্য্যগী ব্রহ্মাস্ত্র অদুবু চাকথোকখি ॥৩৪॥ অদুদগী থৌরবা হেল্‌ মঙানা দ্রোণদা কন্না থাখি। অমসুং শরমচান শারা খৌরবা তেল্‌ অমনা দ্রোণগী পায়রিবা লীরু অদু ককথৎখি ॥৩৫॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক্‌ ওইরবা নিংথৌ! ক্ষত্রিয়পুত্রবু নৈতংপা ওস্নবা দ্রোণনা অতেকপা লীরু অদু লৈথোকখগা কল্লবা চাউরবা গদা অমা পায়খত্তুনা মাত্তু যুধিষ্ঠিরযোমদা কন্না লাংশিল্লকই ॥৩৬॥ গদা অদুনা পাইশিল্লকপদু উবদা যুধিষ্ঠিরসু থোইনা শাউখিত্তুনা গদা অমা পাযখৎতুনা দ্রোণনা লংলক্রবা গদা অদু কন্না লাংশিল্লকই ॥৩৭॥ দ্রোণ-যুধিষ্ঠির অনীগী গদা অনী অদু মদোন্দা অমগা অমগা থেংনাক্রুনা, মৈহৌনদুনা লৈমায়থক্তা তামিন্নখি ॥৩৮॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক ওইরবা নিংথৌ! দ্রোণনা মতম্‌ অদুদা থোইদোক্না শাউখিত্তুনা মচীন্দা যোংথৌ শংলবা থৌরা হেল্‌ মরি কাপশিল্লকহুনা যুধিষ্ঠিরগী রথ চিংলিবা শগোল মরি অদু

ধনুশ্চৈকেন বাণেন চিচ্ছেদেন্দ্রাযুধোপমম্ । কেতুমেকেন চিচ্ছেদ পাণ্ডবস্যার্দ্দিতস্ত্রিভিঃ ॥৪০॥
হতাশ্বাত্তু রথাত্তূর্ণমবপ্লুত্য যুধিষ্ঠিরঃ তস্থাবূর্দ্ধভুজো রাজা ব্যায়ুধো ভরতর্ষভ ॥৪১॥
বিরথং তং সমালোক্য ব্যাযুধঞ্চ বিশেষতঃ । দ্রোণো ব্যমোহয়চ্ছত্রূন্ সর্বসৈন্যানি চ প্রভো ॥৪২॥
মুঞ্চন্নিষুগণাংস্তীক্ষ্ণাঁল্লঘুহস্তো দৃঢ়ব্রতঃ । অভিদুদ্রাব রাজানং সিংহো মৃগমিবোল্বণঃ ॥৪৩॥
তমভিদ্রুতমালোক্য দ্রোণেনামিত্রঘাতিনা । হাহেতি সহসা শব্দঃ পাণ্ডুনাং সমজায়ত ॥৪৪॥
হৃতো রাজা হৃতো রাজা ভারদ্বাজেন মারিষ । ইত্যাসীত্তুমুলঃ শব্দঃ পাণ্ডুসৈন্যস্য সর্বতঃ ॥৪৫॥
ততস্ত্বরিতমারুহ্য সহদেবরথং নৃপঃ । অপায়াজ্জবনৈরশ্বৈঃ কুন্তীপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ ॥৪৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি
জয়দ্রথবধে যুধিষ্ঠিরাপযানে একত্রিংশতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

হাৎতোক্খি ॥৩৯॥ অদুদগী তেল অমনা যুধিষ্ঠিরগী লীকং অদু ককথৎখি । তেল অমনা ফিরাল কক্থৎখি । অদুগা তেল অহুম অমনা যুধিষ্ঠিরগী মশাদা থাদুনা তম্থিনা চৈমা পীখি ॥৪০॥ ভরত শাগেগী অথোইবা ! রথগী শগোলশিং অদু হাৎথ্রবা খুৎলায় য়াওদ্রবা নিংথৌ যুধিষ্ঠির অসি রথদগী কল্ হেক্ চোংথদুনা মপাম্থোম্ অনী থাংগৎতুনা চপ হেক্ লেপ্লি ॥৪১॥ মহারাজ ! দ্রোণনা যুধিষ্ঠিরবু রথ য়াওদনা পদাতি অমগুম্না লেপ্তুনা লৈবদু উবদা, অদুগা খুৎলায় য়াওদনা লৈবদু উবদা, সম্মোহন কৌবা খুৎলায়না পাণ্ডবলাম্মী পুম্নমক্পু শুম্হৎখি ॥৪২॥ অদুগী তুংদা, মখুৎ থুরবা, য়াশক্চেৎলবা, লান্দা ময়ায় কারবা দ্রোণচার্য্যনা থৌর থৌরবা তেল কাপশিল্লক্তুনা নোংশানা শজীগী মায়গেদা হোচ্ছিল্লকপগুম্না যুধিষ্ঠির ভম্না চঙশিল্লকই ॥৪৩॥ য়েন্নবা শত্রু দ্রোণনা যুধিষ্ঠির তন্না চেল্শিল্লকপসি উবদা পাণ্ডবলাম্মী পুম্নমক্না হাহাকার লাউরখি ॥৪৪॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ ! "দ্রোণনা যুধিষ্ঠিরবু কাগ্রে—কাগ্রে !" হায়না পাণ্ডব লাম্মী পুম্নমক্না লাউনখি ॥৪৫॥ অদুগী তুংদা কুন্তীগী মচানিপা যুধিষ্ঠিরনা য়াম্না থুনা য়াওনা সহদেবগী রথদা চোংখৎতুনা লাল্কম্দগী চেম্থোকখি ॥৪৬॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক্লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা যুধিষ্ঠিরাপযানগী মরিফুতরামাথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বিনবতিতমোঽধ্যায়ঃ।

### মরিফুতরানিথোইশুবা অধ্যায়

( অলম্বুষ হন্দোকৃখিবা মতাং )

—:০:—

সঞ্জয় উবাচ।

বৃহৎক্ষত্রং তথায়ান্তং কেকয়ং দৃঢ়বিক্রমম্। ক্ষেমধূর্ত্তির্মহারাজ! বিব্যাধোরসি মার্গণৈঃ ॥১॥

বৃহৎক্ষত্রস্তু তং রাজন্! নবত্যা নতপর্ব্বণাম্। আজঘ্নে ত্বরিতো যুদ্ধে দ্রোণানীকবিভিৎসয়া ॥২॥

ক্ষেমধূর্ত্তিস্তু সংক্রুদ্ধঃ কৈকেয়স্য মহাত্মনঃ। ধনুশ্চিচ্ছেদ ভল্লেন পীতেন নিশিতেন চ ॥৩॥

অথৈনং ছিন্নধন্বানং শরেণানতপর্ব্বণা। বিব্যাধ সমরে তূর্ণং প্রবরং সর্ব্বধন্বিনাম্ ॥৪॥

অথান্যদ্ধনুরাদায় বৃহৎক্ষত্রো হসন্নিব। ব্যশ্বসূতরথং চক্রে ক্ষেমধূর্ত্তিং মহারথম্ ॥৫॥

ততোঽপরেণ ভল্লেন পীতেন নিশিতেন চ। জহার নৃপতেঃ কায়াচ্ছিরো জ্বলিতকুণ্ডলম্ ॥৬॥

তচ্ছিন্নং সহসা তস্য শিরঃ কুঞ্চিতমূর্দ্ধজম্। সকিরীটং মহীং প্রাপ্য বভৌ জ্যোতিরিবাম্বরাৎ ॥৭॥

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! কেকয়দেশগী থোইদোক্লা কল্লবা, মরিলমৈরবা বৃহৎক্ষত্র হায়বসিনা চৎশিল্লকৃপনতম্লদা ক্ষেমধূর্ত্তিনা থোরবা তেল্ অমনা মাগী থবাক্তা থাখি ॥১॥ মহারাজ! বৃহৎক্ষত্রনা যায় থুনা য়াড়্না হোৎনড়না, দ্রোণগী লান্মী তেঙ্গোলবু নম্থেক্কে হায়না থন্দুনা থোরবা তেল্ মাবল তরানা ক্ষেত্রবৃত্তিদা কম্না থাখ ॥২॥ অদুগী তুংদা ক্ষেমধূর্ত্তিনা য়াম্না শাউথিহুনা ঈ চুপথোকপ ঙথা, থোরবা ত মচীনশানা তেল্ অমনা বৃহৎক্ষেত্রগী মথুক্তা পায়রিবা লীরুং অহু ককথৎখ ॥৩॥ অহুদগী তুংদা অমুক্ ক্ষেমধর্ত্তিনা থোরবা তেল্ অমনা, লীরুং য়াওজবা, লীরু পায়বগী মনুংদ অথোইবা বৃহৎক্ষত্রদা কম্না থাখি ॥৪॥ অদুগী তুংদা করিমতা নাচুংবিক্লবা বৃহৎক্ষেত্রনা নোঙ্ক লেরুক অতোপ্পা লীরুং অমা পায়খত্তুনা ক্ষেমধর্ত্তিরোমদা চওশিল্লক্তুনা মাগী সারথী শগোল্ খিরাল বথ লোইনা মচেৎ মচেৎ তাহনখি ॥৫॥ অদুগী তুংদা মহাক্লা থোরবা, ঈ চুপঙবা, তা মচান্শাবা তেল্ অমনা ক্ষেমধূর্ত্তিগী লূহুপ কুণ্ডল নাইনগা লোয়নরবা মঙকৃপু মশাদগী কেল্লহনখি ॥৬॥ মতম অহুদা ক্ষেমধূর্ত্তিগী, মুরবা শম্ন নীওখিজরবা সনা লুপানা থান্নবা লুহুপনা লৈতেলবা কোক্ অহুনা লৈমায়থক্তা তাদুনা, নোংমদোম্থক্তুগী তারকৃপা মশেক্ মঙাল

তং নিহত্য রণে হৃষ্টো বৃহৎক্ষত্রো মহাবলঃ। সহসা ন্যপতৎ সৈন্যং তাবকং পার্থকারণাৎ ॥৮॥
ধৃষ্টকেতুমথায়ান্তং দ্রোণহেতোঃ পরাক্রমী। বীরধন্বা মহেষ্বাসো বারয়ামাস ভারত ॥৯॥
তৌ পরস্পরমাসাদ্য শরদংষ্ট্রৌ তরস্বিনৌ। শরৈরনেকসাহস্রৈরন্যোন্যমভিজঘ্নতুঃ ॥১০॥
তাবুভৌ নরশার্দ্দূলৌ যুযুধাতে পরস্পরম্। মহাবনে তীব্রমদৌ বারণাবিব যূথপৌ ॥১১॥
গিরিগহ্বরমাসাদ্য শার্দ্দূলাবিব রোষিতৌ। যুযুধাতে মহারাজ! পরস্পরবধৈষিণৌ ॥১২॥
তদ্‌যুদ্ধমাসীত্তুমুলং প্রেক্ষণীয়ং বিশাংপতে। সিদ্ধচারণসংঘানাং বিস্ময়াদ্ভুতদর্শনম্ ॥১৩॥
বীরধন্বা ততঃ ক্রুদ্ধো ধৃষ্টকেতোঃ শরাসনম্। দ্বিধা চিচ্ছেদ ভল্লেন প্রহসন্নিব ভারত ॥১৪॥
তদুৎসৃজ্য ধনুশ্ছিন্নং চেদিরাজো মহারথঃ। শক্তিং জগ্রাহ বিপুলাং রুক্মদণ্ডামযস্ময়ীম্ ॥১৫॥
তাং তু শক্তিং মহাবীর্য্যাং ভুজেনোদ্যম্য ভারত!। চিক্ষেপ সহসা যত্তো বীরধন্বরথং প্রতি ॥১৬॥
স তয়া বীরঘাতিন্যা শক্ত্যা ত্বভিহতো ভৃশম্। নির্ভিন্নহৃদয়স্তূর্ণং নিপপাত রথান্মহীম্ ॥১৭॥
তস্মিন্ নিপতিতে শূরে ত্রিগর্ত্তানাং মহারথে। বলং তেঽভজ্যত বিভো। পাণ্ডবৈশ্চ সমন্ততঃ ॥১৮॥

কল্লবা কারগুম্বা গ্রহ অমগী মতৌগুম্না নীঙখিজখি ॥৭॥ কল্লবা বৃহৎক্ষত্রনা ক্ষেমধুর্ত্তিবু মতৌ অদুম্না হাৎলম্লগা মাম্ল নু ঙাইনা ল উয় লাউবহুনা অর্জ্জুনগী মতে পাংগে হায়হুনা, চেল্লশিল্লকুক্লুনা কৌববলাম্না শংগী মথক্তা তারবে ॥৮॥ ভরতনন্দন, মহারাজ! মতম্ অসিদা কল্লবা ধৃষ্টকেতুনা দ্রোণবু লাংহোক্তুনা চংখিংগে খন্দুনা ফূজিল্লকপা মতম্ অসিদা কল্লবা বীরধন্বানা মতাকপূ থিংহুনা থম্খি ॥৯॥ তেজ্ঞিন্দা যা পরেং পরেং হৌবগী মতৌগুম্লবা থৌরবা তেল্ পায়নরবা অকন্বা অনী অসি অমনা অমদা কম্না বম্না কাপ্নবা হৌরক্লে ॥১০॥ শূক্রবা পাক্চাউরবা বন অমগী মন্নুংদা, মযাদকাববা রাং চাউরবা শামু শঙ্গু অনীগী লুচিংবা শংমু লমশা অনীনা যাথিম্নরকপা অদুগী মতৌগুম্না নিপা অথোইবা অনীসি থেংনরক্লে ॥১১॥ মহারাজ! শাউরবা কৈ অনীনা অমনা অমবু ঙম্গে হায়হুনা লোক্নুং অমদা চীরুবক্পত্থগী মতৌগুম্না মথোয় অনীসিম্না কম্না থেংনবক্লে ॥১২॥ মহারাজ! অনীগী য়েংবদা মতীক্ চাবা, অকিবগী মশক্ ফংলবা লাঞ্জাও অদু উবদা সিদ্ধচারণ গন্ধর্ব্বশিংগী নাপল পূম্বা তেক্খি, মখোয়গী পম্মোয়দ অঙকপা অকিবা পোকখি ॥১৩॥ ভরতনন্দন মহারাজ! অনীগী তুদা বীরধন্বানা থোযদোক্না শাউখিহুনা নোক্না নোক্না, তামচীন্শাবা তেল অমা কাপ্শিল্লক্লুনা ধৃষ্টকেতুগী লীরুং অদু মতুপ অনী থোক্না ককথৎখি ॥১৪॥ মহারথী ধৃষ্টকেতুনা অতেকপা লীকং অদু লথোকখিহুনা, মখোক্সনা য়োম্বা য়োৎকী থৌরবা লংলবা শাংলবা তা অমা পায়থৎখি ॥১৫॥ মহারাজ! লান্দা ময়ায় কারবা দৃষ্টকেতুনা মথুৎনা শাংলবা তাদু পায়খৎতুনা বীরধন্বগী রথ তম্না লংশিল্লকই ॥১৬॥ অকন্বা হাৎঙম্বা তা অদুনা থম্মোয়দা থুম্না পাল্লবা বীরধন্বা অসি রথ মথক্তগী লৈমায়থক্তা তাখি ॥১৭॥ মহারাজ কল্লবা, ত্রিগর্ত্তদেশগী বীরধন্ব হায়বসিনা তুথরহুদা পাণ্ডবশিংনা কৌববলাম্না

সহদেবে ততঃ ষষ্টিং সায়কান্ দুর্ম্মুখোঽক্ষিপৎ। ননাদ চ মহানাদং তর্জ্জয়ন্ পাণ্ডবং রণে ॥১৯॥
মাদ্রেয়স্তু ততঃ ক্রুদ্ধো দুর্ম্মুখং দশভিঃ শরৈঃ। ভ্রাতা ভ্রাতরমায়ান্তং বিব্যাধ প্রহসন্নিব ॥২০॥
তং রণে রভসং দৃষ্ট্বা সহদেবং মহাবলম্। দুর্ম্মুখো নবভির্বাণৈস্তাড়য়ামাস ভারত ॥২১॥
দুর্ম্মুখস্য তু ভল্লেন ছিত্ত্বা কেতুং মহাবলঃ। জঘান চতুরো বাহাংশ্চতুর্ভির্নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥২২॥
অথাপরেণ ভল্লেন পীতেন নিশিতেন চ। চিচ্ছেদ সারথেঃ কায়াচ্ছিরো জ্বলিতকুণ্ডলম্ ॥২৩॥
ক্ষুরপ্রেণ সুতীক্ষ্ণেন কৌরবস্য মহদ্ধনুঃ। সহদেবো রণে ছিত্ত্বা তঞ্চ বিব্যাধ পঞ্চভিঃ ॥২৪॥
হতাশ্বন্তু রথং ত্যক্ত্বা দুর্ম্মুখো বিমনাস্তদা। আরুরোহ রথং রাজন্! নিরমিত্রস্য ভারত ॥২৫॥
সহদেবস্ততঃ ক্রুদ্ধো নিরমিত্রং মহাহবে। জঘান পৃতনামধ্যে ভল্লেন পরবীরহা ॥২৬॥
স পপাত রথোপস্থান্নিরমিত্রো জনেশ্বর!। ত্রিগর্ত্তরাজস্য সুতো ব্যথয়ংস্তব বাহিনীম্ ॥২৭॥
তন্তু হত্বা মহাবাহুঃ সহদেবো ব্যরোচত। যথা দাশরথী রামঃ খরং হত্বা মহাবলম্ ॥২৮॥
হাহাকারো মহানাসীত্ত্রিগর্ত্তানাং জনেশ্বর!। রাজপুত্রং হতং দৃষ্ট্বা নিরমিত্রং মহাবলম্ ॥২৯॥
নকুলস্তে সুতং রাজন্! বিকর্ণং পৃথুলোচনম্। মুহূর্ত্তাজ্জিতবান্ স খ্যে তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৩০॥

— — —

পুম্নমকপু মাযকৈ মরিদগী তকৃখাগবা হৌরকলে।১৮॥ মহারাজ! অহুগী তুংদা নচাইবুংডো দুর্ম্মুখ অসি সহদেবরোমদা থৌরবা তেল হুম্ফু কাপলকই। অহুদগী অখিবা রাহৈনা খোঞ্জেল্ রাংনা সহদেবদা চৈরকই ॥১৯॥ অহুদগীদি শাউরবা সহদেবনা দুর্ম্মুখ চঙ্শিল্লকপন্থ উরহুনা থৌরবা তেল তরানা মডোন্দা থাখি ॥২০॥ ভরতশাগৈগী মুংডাইনবগী মশক্ ওনবরা নিংথৌ! থোই-দোক্না মপাঙ্গল কল্লবা সহদেবনা চঙ্শিল্লকপন্থ উবদা শাউরবা দুর্ম্মুখনা থৌরবা তেল মাপল্না সহদেবদা থাখি ॥২১॥ অহুদগী কল্লবা সহদেবনা তামচীনশাবা তেল অমনা দুর্ম্মুখগী ফিরাল অহু ককৎখলগা থৌরবা তেল মারিনা মাগী রথ চিংলিবা শগোল মরি অহুবু হাৎখি ॥২২॥ অহুদগী অমুক যেরুবগী ঈ চুপ্প ডপ্প থৌরবা তামচীশাবা তেল অমনা দুর্ম্মুখগী সারথীগী লংলবা কুণ্ডল নাইরা লৈতেংলবা মকোক অহু মশাদগী তোডান্ তোডান্না তাহন্দুনা লৈমায়থক্তা তাহন্খি ॥২৩॥ অহুদগী অমুক সহদেবনা, ক্ষুর মচীন্শাবা থৌরবা তেল অমনা দুর্ম্মুখগী লীক অহু ককৎলগা তেল মডানা মাগী থজীন্দা থাখি ॥২৪॥ ভরতনন্দন মহারাজ! অহুদগী দুর্ম্মুখ অসি মিপাইবা সুডায়তবগা লোয়ননা শগোল য়াওদ্রবা রথ অহু হুংদোক্লমহুনা নিরমিত্রগী রথ মথক্তু চোংখৎলি ॥২৫॥ অহুদগী শাউরবা সহদেবনা লাঞ্জাও অহুদা, তামচীনশাবা তেল অমনা কৌরব লান্মীশিংগী মমাঙমক্তদা নিরমিত্রদা কপ্পা থাখি ॥২৬॥ মহারাজ! অহুদগী নিরমিত্র অসি কৌরবলান্মী-শিংদা অরাবা মুংডাইতবা পোকহল্লমলগা রথ মথক্তগী লৈমায়থক্তা তুথখি ॥২৭ মপাঙ্গোম কল্লবা সহদেব অসি নিরমিত্রবু হাৎলবহুদা কল্লবা খর কৌবা হিংচাববু হাৎলগা দশরথগী মচা রামনা থোইদোক্না নীঙথিজবহুগুম্ন থোইনা নীঙথিজখি ॥২৮॥ মহারাজ! নিংথৌমচা নিরমিত্রবু হাৎখিবহু উবদা ত্রিগর্ত্তগী লান্মী তেঙ্গোল মরক্তা অকিবা ফংনা হাহাকার লাউনখি ॥২৯॥ মহারাজ!

সাত্যকিং ব্যাঘ্রদত্তস্তু শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ। চক্রেঽদৃশ্যং সাশ্বসূতং সধ্বজং পৃতনান্তরে ॥৩১॥
তান্ নিবার্য্য শরান্ শূরঃ শৈনেয়ঃ কৃতহস্তবৎ। সাশ্বসূতধ্বজং বাণৈর্ব্যাঘ্রদত্তমপাতয়ৎ ॥৩২॥
কুমারে নিহতে তস্মিন্ মাগধস্য সুতে প্রভো!। মাগধাঃ সর্ব্বতো যত্তা যুযুধানমুপাদ্রবন্ ॥৩৩॥
বিসৃজন্তঃ শরাংশ্চৈব তোমরাংশ্চ সহস্রশঃ। ভিন্দিপালাংস্তথা প্রাসান্ মুদ্গরান্ মুসলানপি।
অযোধয়ন্ রণে শূরাঃ সাত্বতং যুদ্ধকোবিদম্ ॥৩৪॥
তাংস্তু সর্ব্বান্ স বলবান্ সাত্যকির্যুদ্ধদুর্ম্মদঃ। নাতিকৃচ্ছ্রাদ্ধসন্নেব বিজিগ্যে পুরুষর্ষভঃ ॥৩৫॥
মাগধান্ দ্রবতো দৃষ্ট্বা হতশেষান্ সমন্ততঃ। বলং তেঽভজ্যত বিভো। যুযুধানশরার্দ্দিতম্ ॥৩৬॥
নাশয়িত্বা রণে সৈন্যং ত্বদীয়ং মধবোত্তমঃ। বিধুন্বানো ধনুঃশ্রেষ্ঠং ব্যভ্রাজত মহাযশাঃ ॥৩৭॥
ভজ্যমানং বলং রাজন্। সাত্বতেন মহাত্মনা। নাভবর্ত্তত যুদ্ধায় ত্রাসিতং দীর্ঘবাহুনা ॥৩৮॥
ততো দ্রোণো ভৃশং ক্রুদ্ধঃ সহসোদ্বৃত্য চক্ষুষী। সাত্যকিং সত্যকর্ম্মাণং স্বয়মেবাভিদুদ্রুবে ॥৩৯॥

---

অমরোমদা নকুলনা মহারাজগী নচা ঈবুংঙো, কল্লবা, মীত্তা নাতা কজরবা বিকর্ণবু জয় তৌখ্রে। মাহুমক থোয়দোক্লা অঙকপা থৌদোক্ অমা ওইনা থোক্খি ॥৩০॥ মায়গৈ অমরোমদা মগধ নিংথৌগী মচা ব্যাঘ্রদত্ত হায়বহুনা থোর থোরবা তেনগী মপৈনা, পাণ্ডবলান্মী তেঙ্গোল্ল অহুগী মমু'দা লৈবা সাত্যকিবু মাগী শগোল সারথী কিরালগা লোয়ননা মশক্ উহন্খিদ্রে ॥৩১॥ মতম্ অদুদা কল্লবা, খুৎলায় পূম্ব' হৈরবা সাত্যকিনা মিত্রং হৈবা নিপা অমগী মতৌগুম্না তেল্ মরাম্ অদুবু খুদক্তা পাইথোক্হন্খিহুনা শগোল সারথি কিরাল রথগা লোয়ননা ব্যাঘ্রদত্তবু হাৎখি ॥৩২॥ মহারাজ! মগধ নিংথৌগী মচা ব্যাঘ্রদত্তবু হাৎশ্রবহুদা মগধগী লান্মী পূম্নমক্ য়াম্না চেক্শিন্না মথৌনা মপাঙ্গলগা লোয়ননা সাত্যকিগুম্না ফুজিল্লকই ॥৩৩॥ অকন্বা লান্মীশিং অসিনা চেল্শিল্লক্হুনা থাঙ্ তা তেল্, যোচ্চুক্ মুংশূকনচিংবা খুৎলায় লিশিং লিশিং কাপশিল্লকহুনা লান্দা হৈশিংলবা সাত্যকি রোমদা ফুজিল্লকই ॥৩৪॥ ওহাক্ লৈরগা লান্দ লাক্থম্ ফ ভখত্রবা, মথৌনা লৈরবা নিপা অথোইবা সাত্যকিনা নোক্লা নোক্লা অহুক্ য়াম্বা মগধলান্মী তেঙ্গোল্ অহুবু থুগায়হুনা জয় তৌখি ॥৩৫॥

মহারাজ! সাত্যকিনা হাৎখিবদগী লেম্হৌবা মগধগী লান্মীশিংনা চেন্নখিবহু উরহুনা মহারাজগী সাত্যকিগী তেনগী চৈনা ফংহুনা কৌরব লান্মী পূম্নমকসু কায়হুনা চেন্নরে ॥৩৬॥ মতম্ অদুদা মিংচৎ চাউরবা মধু শাগৈগী অথোইবা সাত্যকি অসি কৌরব লান্মী পূম্নমক্পু তকখায়হুনা থোইনা নীঙথিজখি ॥৩৭॥ মহারাজ! মপাম্বোম্ চাউরবা সাত্যকিনা কৌরব লান্মীশিংবু মিপাইহন্দুনা তান্খত্রবা লান্মীশিং অদু লাল্ফমলোমদা মমায় অমুক্ ওনশিল্লকত্রে ॥৩৮॥ মতম অদুদা দ্রোণাচার্য্যনা য়াম্না শাউখিহুনা মমীৎ ওনখৎ-শূক্তোক্হুনা মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা সাত্যকি তম্না ফুজিল্লকই ॥৩৯॥ অমরোমদা সোমদত্তগী মচা ভূরিশ্রবানা দ্রৌপদীগী মপাম্বোম্

অলম্বুষস্তু সমরে ভীমসেনং মহাবলম্ । যোধযামাস সংক্রুদ্ধো লক্ষ্মণং রাবণির্যথা ॥৫২॥
সম্প্রযুদ্ধৌ রণে দৃষ্ট্বা তাবুভৌ নররাক্ষসৌ । বিস্ময়ঃ সর্ব্বভূতানাং প্রহর্ষশ্চাভবত্তদা ॥৫৩॥
আর্ষ্যশৃঙ্গিং ততো ভীমো নবভির্নিশিতৈঃ শরৈঃ । বিব্যাধ প্রহসন্ রাজন্ ! রাক্ষসেন্দ্রমমর্ষণম্ ॥৫৪॥
তদ্রক্ষঃ সমরে বিদ্ধং কৃত্বা নাদং ভয়াবহম । অভ্যদ্রবত্ততো ভীমং যে চ তস্য পদানুগাঃ ॥৫৫॥
স ভীমং পঞ্চভির্বিদ্ধা শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ । ভীমানুগান্ জঘানাশু রথাংস্ত্রিশতমোজসা ।
পুনশ্চতুঃশতান্ হত্বা ভীমং বিব্যাধ পত্রিণা ॥৫৬॥
সোঽতিবিদ্ধস্তদা ভীমো রাক্ষসেন মহাবলঃ । নিষসাদ রথোপস্থে মূর্চ্ছয়াভিপরিপ্লুতঃ ॥৫৭॥
প্রতিলভ্য ততঃ সংজ্ঞাং মারুতিঃ ক্রোধমূর্চ্ছিতঃ । বিকৃষ্য কার্ম্মুকং ঘোরং ভারসাধনমুত্তমম্ ।
অলম্বুষং শরৈস্তীক্ষ্ণৈরর্দ্দযামাস ভারত । ॥৫৮॥
স বিদ্ধো বহুভির্বাণৈর্নীলাঞ্জনচযোপমঃ । শুশুভে সর্ব্বত রাজন্ ! প্রফুল্ল ইব কিংশুকঃ ॥৫৯॥
স বধ্যমানঃ সমরে ভীমচাপচ্যুতৈঃ শরৈঃ । স্মরন্ ভ্রাতৃবধঞ্চৈব পাণ্ডবেন মহাত্মনা ॥৬০॥
ঘোরং রূপমথো কৃত্বা ভীমসেনমভাষত ।
তিষ্ঠেদানীং রণে পার্থ । পশ্য মেঽদ্য পরাক্রমম ॥৬১॥ (যুগ্মকম্)

---

মিপান্দৈবগা লোয়ননা মায়গৈ মরি ফাংনা চেন্নরে ॥৫১॥ মায়গৈ অমরোমদা, রাবণগী মচা ইন্দ্রজিৎকা লক্ষ্মণগা থেংনবক্তুগুম্না শাউরবা অলম্বুষগা বল্লবা ভীমগা অকিবফংনা লালফম অতুদা থেংনখি ॥৫২॥ তাইবং মীগা হিংচাবগা অনীগী অকন্‌বা লাল্ অদু উবদা অউবশিংগী থম্মোয়দা অকিবা, অঙকপা, নুংঙাঈবা পোকখি ॥৫৩॥ মহারাজ। ঙহাক লৈরগা ভীমসেননা নোক্ নোক্ত্না থোরবা তেল মাপন্না শাউরবা হিংচাবা অথোইবা, অলম্বুষগী মথব ক্তা কন্না থাখি ॥৫৪॥ তেন্না পান্‌বদা, চৈনাখোল্ খাঙবা ঙমক্রবা অলম্বুষ অসি ঙংল-ঙংলদুনা ভীমগী মতুংদা লৈরিবা খোঙলোয়শিং অদু তম্না ফূজিল্লকই ॥৫৫॥ অদুগী তুংদা অলম্বুষনা, থোরবা তেল মঙানা ভীমসেনদা থারগা, মহাক্কী তা অদুগী শক্তিনা ভীমগী খোঙলোয চহুমবু খুদক্তা থরাই লৌখি। অদুদগী রথী চামরিবু হাৎলগা থোরবা তেল্ অমনা ভীমদা কম্না থাখি ॥৫৬॥ হিংচাবা অদুগী খুৎলায়না কম্না পানমন্‌খিন্না ভীমসেন অাস জ্ঞান তাদদুনা বথমথক্তা ঙহাক্ত তুমিন্না ফমদুনা লৈখি ॥৫৭॥ অদুদগীদি ভরতনন্দন। ভীম অসি ঙহাক্তং রাম্থকরগা, জ্ঞান তারক্ত্না অশাউবগা লোয়ননা মহাক্কী কল্লবা লীরুং অদু লীরী হাপ্তূনা তেল মখল মখল্ তেঙ্গা থোদুনা অলম্বুষবু কম্না চৈনা পীবা হৌরক্ল ॥৫৮॥ মতম্ অদুদা, মহারাজ। মুরবা কাজলগী চাওদুম্ অমগুম্বা অলম্বুষ অসি, মশা পুম্বা ঈহং নাইহং শাদুনা ঙাংলবা মনানা থল্লবা রাং চাউরবা চিংশু পাম্বীগী মতোওম্বা লাল্‌ফম্ অদুদা নীঙখিজাখি ॥৫৯॥ অলম্বুষ অসি, ভীমগী লীকংদগী পাইথোরকপা থোরবা তেলশিং অদুনা পান্‌বদা থোক্টনা শাউখিদুনা মযাম্বা বকপু হাৎখিবদু নীঙশিংদুনা অকিবগী মশক্ ওইরবা মূর্ত্তি অমা পুদুনা ভীমদ অসুম্না হায়কই—"ভীম। ঙসাদ ঈমাঙদা থাঙজ; ঐগী ইপাক্কল নমিৎ থীৎনা য়েংজহৌ"—৬০-৬১॥

বকো নাম সুদুর্বুদ্ধে! রাক্ষসপ্রবরো বলী। পরোক্ষং মম তদ্বৃত্তং যদ্ভ্রাতা মে হতস্ত্বয়া ॥৬২॥
এবমুক্ত্বা ততঃ ভীমমন্তর্দ্ধানং গতস্তদা। মহতা শরবর্ষেণ ভৃশং স সমবাকিরৎ ॥৬৩॥
ভীমস্য সমরে রাজন্! অদৃশ্যে রাক্ষসে তদা। আকাশং পূরয়ামাস শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ॥৬৪॥
স বধ্যমানো ভীমেন নিমেষাদ্রথমাস্থিতঃ। জগাম ধরণীঞ্চৈব ক্ষুদ্রঃ খং সহসাগমৎ ॥৬৫॥
উচ্চাবচানি রূপাণি চকার সুবহূনি চ। উচ্চাবচাস্তথা বাচো ব্যাজহার সমন্ততঃ ॥৬৬॥
নিপেতুর্গগনাচ্চৈব শরধারাঃ সহস্রশঃ। শক্তয়ঃ কুণপাঃ প্রাসাঃ শূলপট্টিশতোমরাঃ ॥৬৭॥
শতঘ্ন্যঃ পরিঘাশ্চৈব ভিন্দিপালাঃ পরশ্বধাঃ। শিলাঃ খড়্গা হুলাশ্চৈব ঋষ্টির্বজ্রাণি চৈব হ ॥৬৮॥
(যুগ্মকম্)

সা রাক্ষসবিসৃষ্টা তু শস্ত্রবৃষ্টিঃ সুদারুণা। জঘান পাণ্ডুপুত্রস্য সৈনিকান্ রণমূর্দ্ধনি ॥৬৯॥
তেন পাণ্ডবসৈন্যানাং মৃদিতা যুধি বারণাঃ। হয়াশ্চ বহবো রাজন্! পত্তয়শ্চ তথা পুনঃ।
রথেভ্যো রথিনঃ পেতুস্তস্য ক্ষুণ্ণাঃ স্ম সায়কৈঃ ॥৭০॥
শোণিতোদাং রথাবর্ত্তাং হস্তিগ্রাহসমাকুলাম্। ছত্রহংসাং কর্দ্দমিনীং বাহুপন্নগসঙ্কুলাম্ ॥৭১॥

---

পঙ্লবা ভীম! নংনা এগী ঈয়াম্বা, হিংচাবা অথোইবা বকপু হাৎখি। মাদো ঐ উদ্রিবৈদা তৌজখিবনি। অদুনা হৌজিক্তি মাদুগী মতৈ ফংগু" ॥৬২॥ অলম্বুষনা ভীমদা অস্তুম্না হায়রম্লগা মাঙৎথোক্খিদুনা মশক্ উহন্দনা তেল মপৈ মপৈ কাপ্‌শিল্লক্লুনা ভীমগী মশাপুম্বা তেস্তনা পুমকুপ কুপ্‌হনখ্রে ॥৬৩॥ মহারাজ! অলম্বুষনা মশক্ উহন্‌খিদ্রবদুদা ভীমনা নোংমদোনথক্ লোমদা তেলনচিংবা খুৎলায মপৈ মপৈ লংখৎ কাপ্‌খৎলক্লূনা অতিয়া মকোয় অদু তেল অমাদ খুংলায়তনা পূমকুপ কুপখ্রে ॥৬৪॥ ভীম সেনগী খুৎলায়শিং অদুনা পান্‌বদা চৈনা থাডবা ওমদদুনা অলম্বুষ অসি বথমথক্তা তোংদুনা নোংমদোন্থক্তগী লৈমায়থক্তা হাইগরকই; অদুগা মীকুপ অমগী মনুংদা তেক হাইগৎখি ॥৬৫॥ ওহাক্ লৈরগা; মশক্ মওং তোঙাল্ তোঙাল্ পুদুনা মাথকৈপুম্বদগী অথাকুপা খোঞ্জেম্না অতোপ অতোপ্পা রাঙাংদা হেক হেক লাউরকই ॥৬৬॥ ওহাক লৈরগা নোংমদান থক্তগী তেল্ লিশিং লিশিংগী মবা, অদুগা থাংজা, গদা, ন্নুংশূক য়োৎশূক হুন্নজা, খিয়জা, শীংজং, থাঙশাং, দোচৈ, নোংমৈশী জং, থাঙ অতৈনবা মান্‌বা খুৎলায় অসিনচিংবগী মপৈ মপৈনা লৈমায়থক্তা অতৎ তাশম লৈতনা তারকলে ॥৬৭॥-৬৮॥ অলম্বুষনা থাদ-কাপ্‌থরকপা খুৎলায মযাম্ অদুনা ভীমগী খেংলোয লান্মীশিং অদুবু মনম মনম্ হাৎপা হৌরকলে ॥৬৯॥ মহারাজ! লালফম্ অদুদা অলম্বুষনা পাণ্ডবপক্ষগী শগোল শামু অহু খোঙমী কয়া কয়াবু নৈখাইবা হৌরকলে। মাগী তেন্না পান্‌বদা রথী কয়া বয়ানা লৈমায়থক্তা তুহনখি ॥৬০॥ মহারাজ! অদুগী মতুংদা, অলম্বুষনা লালফম্ অদদা ঈগী তুরেল অম চেল্‌হনখি। ঈনা তুরেল অদুগী ঈশানা। রথশম অহু চাউর চাউরবা ইগোম্ ওইখি। তাউরিব শামু ময়াম্ অদুনা চাউর চাউরা। কুম্বীর ময়াম্ ওইখি। ছোৎবা ছত্র (পে) শিং অদুনা ঙানুগী মশক্কি। কম্‌জিল্লবা

প্রহ্লাদং সমরে জিত্বা যথা শক্রং মরুদ্গণাঃ ॥৮১॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে অলম্বুষাপযানে দ্বিনবতিতমোঽধ্যায় ॥০॥*

---

সম্নান তৌখিহুগুম্না পাণ্ডব লাম্নী খিবিক্না ভীমবু লৈশি লৈথোন্খি ॥৮১॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা অলম্বুষপযানগী মরিফুতানিথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥ X ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রিনবতিতমোঽধ্যায়ঃ।

### মরিফুতরাহুমদোইশুবা অধ্যায়

(অলম্বুষ তুবগী মতাং)

—ঃ-০-ঃ—

### সঞ্জয় উবাচ।

অলম্বুষং তথা যুদ্ধে বিচরন্তমভীতবৎ। হৈড়িম্বঃ প্রযযৌ তূর্ণং বিব্যাধ চ শিতৈঃ শরৈঃ ॥১॥
তয়োঃ প্রতিভয়ং যুদ্ধমাসীদ্রাক্ষসসিংহয়োঃ। কুর্বতোর্বিবিধা মায়াঃ শক্রশম্বরয়োরিব ॥২॥
অলম্বুষো ভৃশং ক্রুদ্ধো ঘটোৎকচমতাড়য়ৎ। তয়োর্যুদ্ধং সমভবদ্রক্ষোগ্রামণিমুখ্যয়োঃ।
যাদৃগেব পুরা বৃত্তং রামরাবণয়োঃ প্রভো। ॥৩॥
ঘটোৎকচস্তু বিংশত্যা নারাচৈঃ স্তনান্তরে। অলম্বুষমথো বিদ্ধ্বা সিংহবদ্ব্যনদন্মুহুঃ ॥৪॥

---

সজয়না হায়—মহারাজ। অলম্বুষনা দ্রোণগী লাম্নী মরক্তা হোক্চিন্খিদি হায়বরু মফম্ অহুদগী যাম্না কম্নদি থেনরি। মতম্ অসিদা ঘটোৎকচনা থুনয়াঙনা মত্তোল্লোম্দা চঙশিল্লকতুনা মাগা কম্না থেনখি, মথল্ মথা অযাম্বা খুৎলায়না অলম্বুষদা সাখিনা চৈনাকোল পীখি ॥১॥ মমাঙউৈদা ইন্দ্রনা শম্বরাসুরগা কম্না থেংনখিবা অহুগুম্না থেংনখিবা ঘটোৎকচ-অলম্বুষ অনীনা থেংনখিবা লাল্ অত আকবগী মশাক্ ॥৩॥ অলম্বুষনা য়াম্না শাউনা ঘটোৎকচদা থাখি। মহারাজ!

তথৈবালম্বুষো রাজন্। হৈড়িম্বং যুদ্ধদুর্ম্মদম্। বিদ্ধা বিদ্ধানদন্ হৃষ্টঃ পুরয়ন্ খং সমন্ততঃ ॥৫॥
তথা তৌ ভৃশসংক্রুদ্ধৌ রাক্ষসেন্দ্রৌ মহাবলৌ। নিবশেষমযুধ্যেতাং মায়াভিরিতরেতরম্ ॥৬॥
মায়াশতসৃজৌ দৃপ্তৌ মোহয়ন্তৌ পরস্পরম্। মায়াযুদ্ধে কুশলিনৌ মায়াযুদ্ধমযুধ্যতাম্ ॥৭॥
যাং যাং ঘটোৎকচো যুদ্ধে মায়াং দর্শয়তে নৃপ।। তাং তামলম্বুষো রাজন্! মায়য়ৈব নিজঘ্নিবান্ ॥৮॥
তং তথা যুধ্যমানন্তু মায়াযুদ্ধবিশারদম্। অলম্বুষং রাক্ষসেন্দ্রং দৃষ্ট্বাক্রুধ্যন্ত পাণ্ডবাঃ ॥৯॥
ত এনং ভৃশসংক্রুদ্ধাঃ সর্ব্বতঃ প্রবরা রথৈঃ। অভ্যদ্রবন্ত সংরব্ধা ভীমসেনাদয়ো নৃপ! ॥১০॥
ত এনং কোষ্ঠকক্কৃত্য রথবংশেন মারিষ।। সর্বতো ব্যকিরন্ বাণৈরুল্কাভিরিব কুঞ্জরম্ ॥১১॥
স তেষামস্ত্রবেগং তং প্রতিহত্য স্বমায়য়া। তস্মাদ্রথব্রজান্মুক্তো বনদাহাদিব দ্বিপঃ ॥১২॥
স বিস্ফার্য্য ধনুর্ঘোরমিন্দ্রাশনিসমস্বনম্। মারুতিং পঞ্চবিংশত্যা ভৈমসেনিঞ্চ পঞ্চভিঃ ॥১৩॥
যুধিষ্ঠিরং ত্রিভির্বিদ্ধা সহদেবঞ্চ সপ্তভিঃ। নকুলঞ্চ ত্রিসপ্তত্যা দ্রৌপদেয়াংশ্চ মারিষ।।
পঞ্চভিঃ পঞ্চভির্বিদ্ধা সিংহনাদং চকার হ ॥১৪॥ (যুগ্মকম্)

---

মমাঙৈদা ত্রেতাদা রামগা রাবণগা অনীগী লাঞ্জাও অমা থোকখিবদুগুম্না অলম্বুষগা ঘটোৎকচগা অনীগী লালথুম্ব অকিবা ফংনা চৎথখী ॥৩॥ ওহাক লৈরগা ঘটোৎকচনা থোরবা নারাচ কৌবা তেল কুম্না অলম্বুষগী পাকচাওরবা মথবক্তা থ়ুম্না থাখি। অদুদগী মহাক্না খোঞ্জেল্ হৌনা হন্না হন্না সিংহনাদ লাউখি ॥৪॥ মহারাজ! অদুদগী অলম্বুষ অসিসু ঘটোৎকচদা কন্না থাদুনা শাখিনা চৈনাখোল পীরগা হন্না হন্না কন্না সিংহনাদ লাউবা হৌরকলে খোঞ্জেল অদুনা নোংমদোল মকোয় পুমথন্ থদ্খি ॥৫॥ কল্লবা হিংচাবা অনীসিনা য়াম্না শাউনখিদুনা মান মানা হৈজবা মথল মথা অয়াম্বা মায়াগী লাল্ পুথোক্লদুনা শোক্লরকলে ॥৬॥ মায়াগী লান্দা হৈনরবা, মায়াগী বিস্তাদা চওখোল্লবা, অমগমগা শুমহৎনরবা অলম্বুষ ঘটোৎকচ অনীসিনা মায়াগী' লালমক্তা শোক্লবা হৌরক্লে ॥৭॥ মহারাজ! ঘটোৎকচনা হেক্ তৌরকপা মায়ামথৈ অলম্বুষনা মাঙ্হনখি ॥৮॥ মহারাজ! লান্দা অম'দ বিস্তাদা চংখোল্লবা অলম্বুষগী লাল অদু উবদা পাণ্ডবশিং অসি থোইদোক্না শাউরক্লে ॥৯॥ মহারাজ! থোইদোক্না শাউরবা অমদি মথৌনা লৈরবা ভীমসেন-চিংবা অকন্বশিংনা মাগী মাগী রথদা তোংশৎদুনা মায়কৈ মরিদগী অলম্বুষরোমদা চেনশিল্লক্লে ॥১০॥ ঈকাইথুম্নবগী মশক ওইরবা নিংথৌ। রথীশিং অদুনা অলম্বুষবু কোয়শিনখিদুনা শওাইশেল অমদি বজ্র মপৈনা শামুদা থাজিল পাইশিল্লকপগুম্না অলম্বুষরোমদা থাজিল্লকলে ॥১১॥ মতম্ অদুদা শামুনা মৈরক্তগী চেম্বোক্খিবদুগুম্না, অলম্বুষনা মায়াগী পাম্বৈনা রথীশং অদুগী মরক্তগী মাঙখিদুনা লাম্বোকশ্রে ॥১২॥ মহারাজ! অওগী তুংদা ইন্দ্রগী বজ্রনা মত্তোগুম্না মখোল থোক্লবা লীরুং অদু পায়খৎদুনা লীরী কন্না চীওহনা থোরবা তেল্ কুনমঙানা ভীমদা মঙানা ঘটোৎকচদা, অহুম্না যুধিষ্ঠিরদা তরেৎনা সহদেবদা, হুমফুওরাহুমদোইনা নকুলদা মঙা

তং ভীমসেনো নবভিঃ সহদেবশ্চ সপ্তভিঃ। যুধিষ্ঠিরঃ শতেনৈব রাক্ষসং প্রত্যবিধ্যত।
নকুলস্তু চতুঃষষ্ট্যা দ্রৌপদেয়াস্ত্রিভিস্ত্রিভিঃ ॥১৫॥

হৈড়িম্বো রাক্ষসং বিদ্ধ্বা যুদ্ধে পঞ্চাশতা শরৈঃ। পুনর্বিব্যাধ সপ্তত্যা ননাদ চ মহাবলঃ ॥১৬॥
তস্য নাদেন মহতা কম্পিতেয়ং বসুন্ধরা। সপর্বতবনা রাজন্! সপাদপজলাশয়া ॥১৭॥
সোঽতিবিদ্ধো মহেষ্বাসঃ সর্ব্বতস্তৈর্মহারথৈঃ। পুনর্বিব্যাধ তান্ সর্ব্বান্ পঞ্চভিঃ শরৈঃ ॥১৮॥
তং ক্রুদ্ধং রাক্ষসং যুদ্ধে প্রতিক্রুদ্ধস্তু রাক্ষসঃ। হৈড়িম্বো ভরতশ্রেষ্ঠ! প্রতিবিব্যাধ সপ্তভিঃ ॥১৯॥
সোঽতিবিদ্ধো বলবতা রাক্ষসেন্দ্রো মহাবলঃ। ব্যসৃজৎ সায়কাংস্তীক্ষ্ণান্ স্বর্ণপুঙ্খান্ শিলাশিতান্ ॥২০॥
তে শরা নতপর্ব্বাণো হৈড়িম্বং বিবিশুর্ভৃশম্। রুষিতাঃ পন্নগা যদ্বদ্ গিরিশৃঙ্গং মহাবলাঃ ॥২১॥
ততস্তে পাণ্ডবা রাজন্! সমন্তান্নিশিতান্ শরান্। প্রেষয়ামাসুরুদ্বিগ্না হৈড়িম্বশ্চ ঘটোৎকচঃ ॥২২॥
স বধ্যমানঃ সমরে পাণ্ডবৈর্জিতকাশিভিঃ। মর্ত্যধর্ম্মমনু প্রাপ্তঃ কর্ত্তব্যং নাম্বপদ্যত ॥২৩॥
ততঃ সমরশৌণ্ডোঽসৌ ভৈমসেনির্মহাবলঃ। সমীক্ষ্যৈনং তথাবস্থং বধায়াস্য মনো দধে ॥২৪॥
বেগঞ্চক্রে মহান্তঞ্চ রাক্ষসেন্দ্ররথং প্রতি। দগ্ধাদ্রিকুটশৃঙ্গাভং ভিন্নাঞ্জনচয়োপমম্ ॥২৫॥
রথাদ্রথমভিদ্রুত্য ক্রুদ্ধো হৈড়িম্বিরাক্ষিপৎ। উদ্বর্হ রথাচ্চাপি তং নাগং গরুড়ো যথা ॥২৬॥

মঙানা দ্রৌপদীগী মচা মঙাদা থাখি, অদুদগী সিংহনাদ কন্না লাউথি ॥১৩—১৪॥ অদুদগী ভীমনা তেল মাপল, সহদেবনা তরেৎ, যুধিষ্ঠিরন চামা, নকুলনা হুমফুমরি, দ্রৌপদীগী মচাশিংনা তেল অহুম্ অহুম্ শতুনা অলম্বুষদা থাখি ॥১৫॥ অদুদগী কল্লব ঘটোৎকচনা খৌরবা তেল য়াঙথৈনা অলম্বুষদা থারগা অমুকন্সু তেল হুমফুতরা থাজিল্লগা সিংহনাদ কন্না লাউথি ॥১৬॥ মহারাজ! ঘটোৎকচগী হৌববা খোল্লাও অদুদা চীঙ্মান্ তুরেল্, হৈপাল্, লৈপাল্ পুখ্রী লাংখোংনা থল্লবা পৃথ্বী অসি থক্ থক্ নীকখি ॥১৭॥ মহারথী শিংনা মাংগৈপূম্বদগী থাজিল্—কাপশিল্লব্রবা মতম্ অসিদা অলম্বুষনা অমুকহন্না মখোয় খুদিংদা তেল মঙা মঙানা থাখি ॥১৮॥ ভরতশাংগী অখোইবা, মহারজ! খোইদোরা শাউরবা ঘটোৎকচনা খৌরবা তেল তরেৎনা অলম্বুষদা বন্ন কন্না থাখি ॥১৯॥ কল্লবা ঘটোৎকচনা কপা থাজিল্লরা, মতম্ সিদা খোইন কল্লবা অলম্বুষ অসিগী সুংখোন মখোই শংলন, সনাগী তেল পানবা তেল মশাম্ মনম্ মনম্ কাপশিল্লক্লে ॥২০॥ শাকু কল্লব, মহুপুবগী মরি মপেনা চীঙমাগী মথুং মখুন্দা চঙশিনখিবগুম্, অলম্বুষগী তেমাং অহুনা ঘটোৎকচগী মশাদ থুম্ন ধুন্ন চঙশিনখি ॥২১॥ মহারাজ! অদুদগী পাণ্ডবাশিংসু অদুগা ঘটোৎকচগা মশা মশা, মতুংদা শিপাইনগ লোয়ননা থেরা খৌরবা খুৎশায়রুপা শিল্লকপা হৌরে ॥২২॥ অদু উনগদা পাণ্ডবশিংনা থাজিল্লবদা মতম্ সিদ, শিংগী অবস্থা খৌরবা মতাং অসিদা অলম্বুষ অসি তৌযম্ হঙবাক্লে ॥২৩॥ অলম্বুষগী অবস্থা লাকপগু উবদা মপাঙ্গল থাবা ঘটোৎকচ অসি অহাম্ যদু মহৎলাগ হয়া মপূরীদা চপ্ যুনা থল্লকলে ॥২৪॥ মতম্ অসিদা ঘটোৎকচ অসি চীঙ দোলাম অহম্ লোঙপা, চীঙগী মতৌগুম্না; মুরবা কাজলগী মপেৎনা খিরবা অলম্বুষগী রথ তম্না প্রপ্রাপ চেলশিল্লবই ২৫॥ অদুদগী ঘটোৎকচনা মাগী

সমুৎক্ষিপ্য চ বাহুভ্যামাবিধ্য চ পুনঃ পুনঃ। নিষ্পিপেষ ক্ষিতৌ ক্ষিপ্রং পূর্ণকুম্ভমিবাশ্মনি ।২৭।
বললাঘবসম্পন্নঃ সম্পন্নো বিক্রমেণ চ। ভৈমসেনী রণে ক্রুদ্ধঃ সর্ব্বসৈন্যাভীষয়ৎ ।২৮।
স বিস্ফারিতসর্ব্বাঙ্গশ্চূর্ণিতাস্থিবিভীষণঃ। ঘটোৎকচেন বীরেণ হতঃ শালকটঙ্কটঃ ।২৯।
ততঃ সুমনসঃ পার্থা হতে তস্মিন্ নিশাচরে। চুক্রুশুঃ সিংহনাদাংশ্চ বাসাংস্যাদুধুবুশ্চ হ ।৩০।
তাবকাশ্চ হতং দৃষ্ট্বা রাক্ষসেন্দ্রং মহাবলম্। অলম্বুষং ভীমরূপং বিশীর্ণমিব পর্ব্বতম্।
হাহাকারমকুর্ব্বন্ত সৈন্যানি ভরতর্ষভ ।৩১।
জনাশ্চ তদ্দদৃশিরে রক্ষঃ কৌতূহলান্বিতাঃ। যদৃচ্ছয়া নিপতিতং ভূমাবঙ্গারকং যথা ।৩২।
ঘটোৎকচস্তু তদ্ধত্বা রক্ষো বলবতাং বরঃ। মুমোচ বলবন্নাদং বলং হত্বেব বাসবঃ ।৩৩।
সম্পূজ্যমানঃ পিতৃভিঃ সবান্ধবৈর্ঘটোৎকচ কর্ম্মণি দুষ্করে কৃতে।
রিপুং নিহত্যাভিননন্দ বৈ তদা হ্যলম্বুষং পক্বমলম্বুষং যথা ।৩৪।
ততো নিনাদঃ সুমহান্ সমুচ্ছ্রিতঃ সশঙ্খনানাবিধবাণঘোষবান্।

---

রথদগী চোংথরক্লূনা অলমবুষগী রথ মথক্তা চোংখৎখি। গরুড়না চাউরবা লিলবু চিংদুনা থাংগৎলকপগুম্ ঘটোৎকচনা অলমবুষবু মাগী রথদগী চিংথোক্লূনা মপাম্বোম অনীনা থাংগৎলকুলে ॥২৬॥ ঘটোৎকচনা মপাম্বোম্ অনীনা অলমবুষবু থাংগৎলগা, চাউরবা চফুবু লৈমায়থক্তা থাদরকপ-চুগুম্না অলমবুষবু লৈমায়থক্তা লংথরগা থুরুম্না খোঙপাক্না নৈহৎপা হৌরক্লে ॥২৭॥ কল্লবা, খুৎলৈ থুরবা, মতীক্ মগুণ চাউরবা, শাউবনা লুতোল কারবা ঘটোৎকচনা মতৌ অসুম্না লাম্মী পুম্নমক্কী পুক্নীংদা অকিবা মিপাইবা পীরক্লে ॥২৮॥ অলমবুষগী মথুৎ মশা পুম্বা তিংথোক্-কাওথোরকলে, শরু শয়াং পুম্বা নৈখায়দুনা মকূপ তাক্লে; মাদুমক্না অকিবা অম পোক্হনখি। মতৌ অসুম্না শালকটঙ্কটগী মচা অলমবুষ হায়বসি ভীমগী মচা ঘটোৎকচগী মখুত্তা তুমখি ॥২৯॥ হিংচাবা অসিনা শিখিবসি উবদা পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডবকী লাম্মী পুম্বা হরাউ নুংঙাইবনা সিংহনাদ লাউখি; মাগী মাগী কীজী হাইগৎনখি ॥৩০॥ ভবত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ! অকিবগী মশক ফংলবা, কল্লবা, হিংচাবা অথোইবা অলমবুষনা শিখিবসি উবদা মহারাজগী কৌরব লাম্মী পুম্নমক, অথোই অথোইবা রথী মহারথীশিংনা হাহাকার লাউনখি ॥৩১॥ অচম্বা মীয়াম্দি ঈশ্বরগী খুজীন্দগী লৈমায় থক্ত নাম্থরক্লবা মঙ্গল গ্রহগী মতৌগুম্বা হিংচাবা অদুবু য়াম্না নুংঙাইনা কুম্মৈ অমগুম্ য়েংনখি ॥৩২॥ অকনবগী মমুংদা অথোইবা ঘটোৎকচনা হিংচাবা অদুদু হাৎলগা, বলাসুর হাৎলবা তুংদা ইন্দ্রনা লাউবগুম্, অকিবক্নংনা সিংহনাদ লাউখি ॥৩৩॥ অমনা তৌওম্দবা থবক্ অসি তৌবদা শাগৈ নাতৈ মঙ্গপমপাংগা লোয়ননা যুধিষ্ঠিরনচিংবা পাণ্ডবসিংনা ঘটোৎকচবু থাগৎখি। ঘটোৎকচসু অমুনবা চিনারবু নৈথাইবগুম্, অলমবুষবু নৈথাইরবতুংদা থোইদোক্না মায়থোং মকা রাম্খি—নুংঙাইখি ॥৩৪॥ অদুগী তুংদা

নিশম্য তং প্রত্যনদংস্তু কৌরবাস্ততোঽধ্বনিভু'বনমথাস্পৃশস্তৃশম্ ॥৩৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

জয়দ্রথবধে অলম্বুষনিপাতে ত্রিনবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

——(:০:)——

পাণ্ডবকী পক্ষদা পুংশেল যন্ত্রগী খোঞ্জেল্লা পৃমনিন্ নিন্খি, হরাউ নুংঙাইবগী খোঞ্জেল্লা রারাত লাউনখ্রে। মাদু তাবদা কৌরব লান্মীশিংনসু কন্না লাউশিল্লকই। পক্ষ অনীমক্কী খোল্লাউনা আকাশ পাতাল কাওখ্রে ॥৩৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথ বধগী মনুংদা অলম্বুষ নিপাতনগী মরিফুতরাহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুর্ন'বতিতমোঽধ্যায়ঃ।

### মরিফুত্তরামরিশুবা অধ্যায়ঃ

( জয়দ্রথ বধগী মনুংদা যুধিষ্ঠিরনা ভাওবা )

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

ভারদ্বাজং কথং যুদ্ধে যুযুধানো ন্যবারয়ৎ। সঞ্জয়াচক্ষ্ব তত্ত্বেন পরং কৌতূহলং হি মে ॥১॥

সঞ্জয় উবাচ

শৃণু রাজন্নেকমনাঃ সংগ্রামং লোমহর্ষণম্। দ্রোণস্য পাণ্ডবৈঃ সার্দ্ধং যুযুধানপুরোগমৈঃ ॥২॥

বধ্যমানং বলং দৃষ্ট্বা যুযুধানেন মারিষ। অভ্যদ্রবৎ স্বয়ং দ্রোণঃ সাত্যকিং সত্যবিক্রমম্ ॥৩॥

তমাপতন্তং সহসা ভারদ্বাজং মহারথম্। সাত্যকিঃ পঞ্চবিংশত্যা ক্ষুদ্রকাণাং সমার্পয়ৎ ॥৪॥

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়। সাত্যকিনা দ্রোণাচার্য্যবু করম্ হায়নাখিখিবগে, মাদু নং তম্মু তাসি। মাতুগী মতাং অদু ঐ যাম্না তানীডিও ॥১॥ সঞ্জয়না হায়ঃ-মহারাজ। সাত্যকিনা লুচিংজনা পাণ্ডবপক্ষগী লান্মীশিংগা দ্রোণপ পেংনখিবা তুজুংবা পোক্লবা লালগী মতাং অদু পুক্নীং চঙনা তাবিয়ু ॥২॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক ওইরবা। সাত্যকিনা কৌরবলান্মীশিংবু হাৎচিল্লকপদু উবদা দ্রোণ অসি সাত্যকি তম্ন চঙশিল্লকই ॥৩॥ দ্রোণনা চঙশিল্লকপসি উবদা সাত্যকিনা

দ্রোণোঽপি যুধি বিক্রান্তো যুযুধানং সমাহিতঃ। অবিধ্যৎ পঞ্চভিস্তূর্ণং হেমপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ ॥৫॥
তে বর্ম্ম ভিত্ত্বা সুদৃঢ়ং দ্বিষৎপিশিতভোজনাঃ অভ্যায়ুর্ধরণীং রাজন্। শ্বসন্ত ইব পন্নগাঃ ॥৬॥
দীর্ঘবাহুস্ততঃ ক্রুদ্ধস্তোত্রার্দিত ইব দ্বিপঃ। দ্রোণং পঞ্চাশতাবিধ্যন্নারাচৈরগ্নিসন্নিভৈঃ ॥৭॥
ভারদ্বাজো রণে বিদ্ধো যুযুধানেন সত্বরম্। সাত্যকিং বহুভির্বাণৈর্যতমানমবিধ্যত ॥৮॥
ততঃ ক্রুদ্ধো মহেষ্বাসো ভূয় এব মহাবলঃ। সাত্বতং পীড়য়ামাস শরেণানতপর্ব্বণা ॥৯॥
স বধ্যমানঃ সমরে ভারদ্বাজেন সাত্যকিঃ। নাভ্যপদ্যত কর্ত্তব্যং কিঞ্চিদেব বিশাংপতে। ॥১০॥
বিষণ্ণবদনশ্চাপি যুযুধানোঽভবন্নৃপ।। ভারদ্বাজং রণে দৃষ্ট্বা বিসৃজন্তং শিতান্ শরান্ ॥১১॥
তন্তু সংপ্রেক্ষ্য তে পুত্ত্রাঃ সৈনিকাশ্চ বিশাংপতে।। প্রহৃষ্টমনসো ভূত্বা সিংহবদ্ব্যনদন্ মুহুঃ ॥১২॥
তং শ্রুত্বা নিনদং ঘোরং পীড্যমানঞ্চ মাধবম্। যুধিষ্ঠিরোঽব্রবীদ্রাজা সর্ব্বসৈন্যানি ভারত। ॥১৩॥
এষ বৃষ্ণিবরো বীরঃ সাত্যকিঃ সত্যবিক্রমঃ। গ্রস্যতে যুধি বীরেণ ভানুমানিব রাহুণা ॥১৪॥
অভিদ্রবত গচ্ছধ্বং সাত্যকির্যত্র যুধ্যতে। ধৃষ্টদ্যুম্নঞ্চ পাঞ্চাল্যমিদমাহ জনাধিপঃ ॥১৫॥
অভিদ্রব দ্রুতং দ্রোণং কিন্নু তিষ্ঠসি পার্ষত।। ন পশ্যসি ভয়ং ঘোরং দ্রোণান্নঃ সমুপস্থিতম্ ॥১৬॥

---

থোরবা, মচীনতুম্নবা তেল কুনমঙাখক্ দ্রোণ তম্না কাপ্‌শিন্নকই ॥৪॥ লান্দা হক্ত্রবা, মতীক মথোনা নৈরবা দ্রোণস্তু থোরবা, তেল মঙানা সাত্যকিদা কম্না থাখি ॥৫॥ মহারাজ! য়েক্লবগী ঈ চুপথম্বা থোরবা তেল মঙানা সাত্যকিগী মশাদা চীৎলিবা লাংকুহিৎ অত্তু থিনগাইহনা সাত্যকিগী মশাদগী কাওদৎখিদুনা নৈস্নুংদা চঙখি ॥৬॥ অদুদগী মপাঙ্গোম চাউরবা সাত্যকিনা, শামু কাত্তি থায়বা শাউরবা শামু অমগী মতৌঙ্গুম্না নৈবী থোক্না চান্নবা তেল য়াংখৈনা দ্রোণদা খাখি ॥৭॥ দ্রোণবু ওমগে হায়না খন্দুনা সাত্যকিনা কম্না থায়ন্নবা মতম্ অসিদা দ্রোণস্তু অত্তৎ অথম্ নৈতনা তেল মনম্ কাপশিন্নকলে ॥৮॥ অদুগী তুংদা, লীরুং অচোবা পায়রবা মপাঙ্গল থোইনা কন্নবা, শাউরবা দ্রোণাচার্য্যনা থোরবা তেল অমানা সাত্যকিদা কম্না থায়কলে ॥৯॥ মহারাজ! দ্রোণনা কম্না থাজিন্নকপসিদা সাত্যাকি অসি তৌকম খঙদকত্রে ॥১০॥ মহারাজ! দ্রোণনা অত্তৎ অথম্ নাইদনা, চোকথবা নৈতনা তেল মনম্ মনম্ কাপশিন্নকপসি উবদা সাত্যকি অসি মায়থোং ম্যাংশিন্নকলে, রায়কলে ॥১১॥ মহারাজ! মহারাজগী নচাঈবুত্তোশিং অমদি কৌরবকী লান্মী পুম্নমক্না সাত্যকিগী মত্তৌ উবদা নুংঙাইমনগদুনা সিংহনাদ লাউনরকলে ॥১২॥ কৌরবলান্মীশিংগী অকিবঙ্গী মশক্ কংলবা খোঙাউ অসি তাবদা অদুগা সাত্যকিনা য়াম্না বায়রগদবা, মওং অদু থনবদা যুধিষ্ঠিরনা পাণ্ডবলান্মীশিংদা অদুম্না হায়রকই—॥১৩॥ "[illegible] [illegible] দ্রোণনা বৃষ্ণিবংশগী অখোইবা, মতীকমঙল অথৌনা [illegible] [illegible]"—॥১৪॥ "[illegible] সাত্যকিনা [illegible]"—[illegible] যুধিষ্ঠিরনা [illegible] ॥১৫॥ "[illegible]"

অসৌ দ্রোণো মহেষ্বাসো যুযুধানেন সংযুগে। ক্রীড়তে তন্তুবন্ধেন পক্ষিণা বালকো যথা ॥১৭॥
তত্রৈব সর্ব্বে গচ্ছন্তু ভীমসেনমুখা রথাঃ ত্বয়ৈব সহিতা যত্তা যুযুধানরথং প্রতি ॥১৮॥
পৃষ্ঠতোঽনুগমিষ্যামি ত্বামহং সহসৈনিকঃ। সাত্যকিং মোক্ষয়স্বাশু যমদংষ্ট্রান্তরং গতম্ ॥১৯॥
এবমুক্ত্বা ততো রাজা সর্ব্বসৈন্যেন পাণ্ডবঃ। অভ্যদ্রবদ্রণে দ্রোণং যুযুধানস্য কারণাৎ ॥২০॥
তত্রারাবো মহানাসীদ্দ্রোণমেকং যুযুৎসতাম্। পাণ্ডবানাঞ্চ ভদ্রং তে সৃঞ্জয়ানাঞ্চ সর্ব্বশঃ ॥২১॥
তে সমেত্য নরব্যাঘ্রা ভারদ্বাজং মহারথম্। অভ্যবর্ষন্ শরৈস্তীক্ষ্ণৈঃ কঙ্কবর্হিণবাজিতৈঃ ॥২২॥
স্ময়ন্নেব তু তান্ বীরান্ দ্রোণঃ প্রত্যগ্রহীৎ স্বয়ম্। অতিথীনাগতান্ যদ্বৎ সলিলেনাসনেন চ ॥২৩॥
তর্পিতাস্তে শরৈস্তস্য ভারদ্বাজস্য ধন্বিনঃ। আতিথেয়গৃহং প্রাপ্য তর্পয়ন্তেঽতিথয়ো যথা ॥২৪॥
ভারদ্বাজন্তু তে সর্ব্বে ন শেকুঃ প্রতিবীক্ষিতুম্। মধ্যন্দিনমনুপ্রাপ্তং সহস্রাংশুমিব প্রভো ॥২৫॥
তাংস্তু সর্ব্বান্ মহেষ্বাসান্ দ্রোণঃ শস্ত্রভৃতাং বরঃ। অতাপয়চ্ছরব্রাতৈর্গভস্তিভিরিবাংশুমান্ ॥২৬॥

---

দ্রোণগী মথুক্তা ওসি ঐখোয়না শাখিনা অরাবা তাগদৌরিবসি উবিত্রিবরা ? ॥১৬॥ অতাংনা-উচেকপু থৌরীনা কিশিল্লগা শান্নবগুম্না দ্রোণনা সাত্যকিবু তেলগী লাংনা কাজিল্লগা শান্নপোৎ তৌনা শান্নরি ॥১৭॥ মরম অতুনা অকনবা নহাক্লা ভীমনচিংবা লাম্মীশিংগা লোয়ননা সাত্যকি অসিগী রথগী মায়গৈদা থূনা য়াওনা চওশিন্‌বিয়ু ॥১৮॥ "ঐমকু্নু ঐগী লাম্মী খোঙলোয় পুন্নমক্লা লোয়ননা অকনবা নহাক্লী নতুং ইল্লকে ওসিগী নুমিত্তা অকনবা নহাক্লা যমরাজগী খয়াত্ত তারবা সাত্যকি অসিবু অমুক্তা কল্লু" ॥১৯॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা ব্রা থরা হায়রগা মাগী লাম্মীশিংগা লোয়ননা দ্রোণগী মথুত্তগী সাত্যকিবু কনগে হায়বগীদমক থূনা য়াওনা চওশিনখি ॥২০॥ দ্রোণ মৎস্তগা থেংনবগী দমক থৌরাং তৌরবা পাণ্ডবশিং অমদি সৃঞ্জয়গী লাম্মীশিংনা হুরাউ-মিপাবইগা লোয়ননা লাউখোংখি। মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র! কৌরব লাম্মীশিংগী মঙ্গল ওইসনু ॥২১॥ অকনবা লাম্মীশিং অসিনা চেলশিল্লকতুনা উরোক অমদি রাহোংমতুনা তেন্‌মৈ তেল্লা পানবা থৌর থৌরবা তেল মপে মপে দ্রোণগী মথক্তা নোংচুবগুম কাপশিল্লকলে ॥২২॥ গৃহস্থধর্ম্মবু নিয়ম নাইনা চৎলবা, ধর্ম্মচেল্লবা মীনা অরাক্পা অতিথি মখৈবু ঈশিং অমদি আসনতনা ওইরবমু পেলহনবা অমদি স্বাগত তৌবা অদুগুম্না দ্রোণ মথন্তনা অহুক য়াম্বা খুৎলায়শিং অহু হয়াও হয়াওনা নোক্মি নোক্মি তৌনা মায়োক য়াখি ॥২৩॥ য়েক্লবা লাম্মীশিং অদুনসু, অতিথিশিংনা ধর্ম্মচেল্লবা গৃহস্থগী মকমদগী অতিথি সেবাবু মতীক চানা কংজবদা পেঞ্জবা নুংঙাইজবদগুম্না, দ্রোণগী খুৎলায়গী চৈনাখোল কংবদা থোইদোক্লা পেঞ্জখি ॥২৪॥ মহারাজ! অদুদগীদি, নুমিৎ চপনুংবদা নুমিৎ লোমদা হজৎনা য়েংবা ঙমদবদগুম্না পাণ্ডবলাম্মীশিং অদুনা দ্রোণ লোমদা মমায় থাজৎতুনা য়েংবা ঙম্মক্রে ॥২৫॥ অহোয়নদুম, মধ্যাহ্নগী চাক্লবা নুমিৎনা জীবপানবা পুন্নমক মাগী মঙাল্লা চাক্‌থেক্‌লকপগুম্না দ্রোণনা মাগী লাম্মী লিশিংনা অকনবা লাম্মী লিশিং অহবু চাক্‌থেক্‌পা হৌরক্লে ॥২৬॥

বধ্যমানা মহারাজ ! পাণ্ডবাঃ সৃঞ্জয়াস্তথা । ত্রাতারং নাধ্যগচ্ছন্ত পঙ্কমগ্না ইব দ্বিপাঃ ॥২৭॥
দ্রোণস্য চ ব্যদৃশ্যন্ত বিসর্পন্তো মহাশরাঃ । গভস্তয় ইবার্কস্য প্রতপন্তঃ সমন্ততঃ ॥২৮॥
তস্মিন্ দ্রোণেন নিহতাঃ পাঞ্চালাঃ পঞ্চবিংশতিঃ । মহারথাঃ সমখ্যাতা ধৃষ্টদ্যুম্নস্য সম্মতাঃ ॥২৯॥
পাণ্ডুননাং সর্ব্বসৈন্যেষু পাঞ্চালানাং তথৈব চ । দ্রোণং স্ম দদৃশুঃ শূরং বিনিঘ্নন্তং বরান্ বরান্ ॥৩০॥
কৈকেয়ানাং শতং হত্বা বিদ্রাব্য চ সমন্ততঃ । দ্রোণস্তস্থৌ মহারাজ ! ব্যাদিতাস্য ইবান্তকঃ ॥৩১॥
পাঞ্চালান্ সৃঞ্জয়ান্ মৎস্যান্ কৈকেয়াংশ্চ নরাধিপ ! । দ্রোণোঽজয়ন্মহাবাহুঃ শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥৩২॥
তেষাং সমভবচ্ছব্দো বধ্যতাং দ্রোণসায়কৈঃ । বনৌকসামিবারণ্যে দহ্যতাং ধূমকেতুনা ॥৩৩॥
তত্র দেবাঃ সগন্ধর্ব্বাঃ পিতরশ্চাব্রুবন্ নৃপঃ ! । এতে দ্রবন্তি পাঞ্চালাঃ পাণ্ডবাশ্চ সসৈনিকাঃ ॥৩৪॥
তং তথা সমরে দ্রোণং নিঘ্নন্তং সোমকান্ রুষা । ন চাপ্যভিযযুঃ কেচিদপরে নৈব বিব্যধুঃ ॥৩৫॥
বর্ত্তমানে তথা রৌদ্রে তস্মিন্ বীরবরক্ষয়ে । অশৃণোৎ সহসা পার্থঃ পাঞ্চজন্যস্য নিস্বনম্ ।
পূরিতো বাসুদেবেন শঙ্খরাট স্বনতে ভৃশম্ ॥৩৬॥

---

মহারাজ ! দ্রোণ মথন্তনা থাজিল্লকপা সিদা অত্তুক্ য়াম্বা পাণ্ডব অমদি সৃঞ্জয় লাম্মীশিং অত্থ হোম্রবা লুরবা লৈথোমদা পূখরবা শামুশিংগী মতৌগুম্না হম্না য়েংবদা কনাস্থ উবা কংঙকত্রে ॥২৭॥ সুমিৎ অমতগী চাক্লবা শারবা মঙাল মশেক্ মপৈনা মকম পূম্বদা পূময়ৌ য়ৌবহ্নগুম্না দ্রোণ মথন্তগী খুৎলায় ময়াম্না মায়গৈ পূম্বা পূময়ৌ য়ৌনা পাইথোক্ পাইশিন্ তৌরকলে ॥২৮॥ মতম অসিদা, মহারথীনি হায়না কাওরবা, অত্তুগ ধৃষ্টদ্যুম্নগী খোঙলোম্ন ওইরবা পাঞ্চালগী অকনবা লাম্মী কুনমঙাবু দ্রোণনা থুদক্তা হাৎখি ॥২৯॥ অকনবা দ্রোণ অসিনা, পাণ্ডবশিং অমদি পাঞ্চালশিংগী লাম্মীগী মপুংদা মরুমরু ওইবা অকনবা লাম্মীশিংবু মথং মথং হাচ্চিল্লকপত্থ উনখি ॥৩০॥

মহারাজ ! কৈকয় দেশগী অকনবা চাম হাৎলবতুংদা পাণ্ডব পক্ষগী লাম্মীশিংবু পূমচাই চাইথাইরব তুং অসিদা দ্রোণ অসি লালকম্ অত্তুদা ; ময়া কাথোক্তনা লৈরবা অকিবগী মশক ওইরবা যমরাজগী মতৌগুম্না লৈখি ॥৩১॥ অত্তুগী তুংদা, মহারাজ ! দ্রোণাচার্য্যনা পাঞ্চাল, সৃঞ্জয়, মৎস্য, কৈকয়গী অকনবা লিশিং চাম চামবু জয় তৌরক্লে ॥৩২॥ লম্পৈনা কম্না চাক্শিল্লরুবা মতমদা বনদা লৈবা শা-উচেক্ জীবজন্তু পূম্নমক্না হাহাকার লাউনরকপত্থগুম্না দ্রোণনা মৈ ওইনা চাক্শিল্লরুব মতমসিদা পাণ্ডব লাম্মী পূম্বা হাহাকার লাউনরকলে ॥৩৩॥ মহারাজ ! মতম অসিদা নোংমদোম্বক্তা লৈবা দেবতা, গন্ধর্ব্ব অমদি পিতৃলোক পূম্নমক্না :—"পাণ্ডবশিং পাঞ্চালশিং অসে, মাগী মাগী লাম্মীশিংগা লোয়ননা মায়গৈ মখি কাংনা চেম্নখি, য়েংঙ, !— অম্নম হায়না লাউনখি ॥৩৪॥ মতৌ অম্নম্না খোইদোক্না শাউরবা দ্রোণাচার্য্যনা [illegible] অকনবা খিবিকপু হাৎলরুবা মতমসিদা অকনব লাম্মী কনানম্ন মাগী মাঙদা লোম্না [illegible] কনা [illegible] দ্রোণদা থাক লাকলুবা [illegible] ॥৩৫॥ মতৌ [illegible] অকনব লাম্মী [illegible] করালা [illegible] মতম্ [illegible] যুধিষ্ঠিরনা শ্রীকৃষ্ণগী পাঞ্চজন্য মোইবুংগী খোন্জেলবু

যুধ্যমানেষু বীরেষু সৈন্ধবস্যাভিরক্ষিষু। নদৎসু ধার্ত্তরাষ্ট্রেষু বিজয়স্য রথং প্রতি ॥৩৭॥
গাণ্ডীবস্য চ নির্ঘোষে বিপ্রনষ্টে সমন্ততঃ। কশ্মলাভিহতো রাজা চিন্তয়ামাস পাণ্ডবঃ ॥৩৮॥
(যুগ্মকম্)

ন নূনং স্বস্তি পার্থায় যথা স্বনতি শঙ্খরাট্। কৌরবাশ্চ যথা হৃষ্টা বিনদন্তি মুহুর্মুহুঃ ॥৩৯॥
এবং স চিন্তয়িত্বা তু ব্যাকুলেনান্তরাত্মনা। অজাতশত্রুঃ কৌন্তেয়ঃ সাত্বতং প্রত্যভাষত ॥৪০॥
বাষ্পগদ্গদয়া বাচা মুহ্যমানো মুহুর্মুহুঃ। কৃত্যস্যানন্তরাপেক্ষী শৈনেয়ং শিনিপুঙ্গবম্ ॥৪১॥
(যুগ্মকম্)

## যুধিষ্ঠির উবাচ।

যঃ স ধর্ম্মঃ পুরা দৃষ্টঃ সদ্ভিঃ শৈনেয! শাশ্বতঃ। সাম্পরায়ে সুহৃৎকৃত্যে তস্য কালোঽয়মাগতঃ ॥৪২॥
সর্ব্বেষ্বপি চ যোধেষু চিন্তয়ন্ শিনিপুঙ্গব।। ত্বত্তঃ সুহৃত্তমং কঞ্চিন্নাভিজানামি সাত্যকে ॥৪৩॥
যো হি প্রীতমনা নিত্যং যশ্চ নিত্যমনুব্রতঃ। কার্য্যে স সাম্পরায়ে চ নিযোজ্য ইতি মে মতিঃ ॥৪৪॥
যথা চ কেশবো নিত্যং পাণ্ডবানাং পরায়ণম্। তথা ত্বমপি বার্ষ্ণেয়! কৃষ্ণতুল্যপরাক্রমঃ ॥৪৫॥
সোঽহং ভারং সমাধাস্যে ত্বয়িতং বোঢ়ুমর্হসি। অভিপ্রায়ঞ্চ মে নিত্যং ন বৃথা কর্ত্তুমর্হসি ॥৪৬॥

---

থঙ্হোদনা তাখি। মরম্দি অরাপ্পা মকমদগী লাক্লবস্থ কৃষ্ণনা মনুংদা মুংশিৎপু থৌথোম থম্না চিংশিন্দুনা খোংখিবনা মোইবুং অদু য়াম্না হৌখি ॥৩৬॥ জয়দ্রথবু ঙাক্‌শেল্লিবা লাম্নীশিংনা কল্লা শোকশিল্লক্লবা মতম্‌সিদা অদুগা; কৌরব লাম্নীশিংনসু অর্জ্জুনগী অকোয়বদা সিংহনাদ কল্লা লাউশিল্লক্লবা মতমসিদা, অদুগা মরম অদুমক্তনা গাণ্ডীবগী মখোলককাসু কয়িমত্তা তাখিত্রবত্তুদা যুধিষ্ঠির অসি থাংগৈশেংনা থম্মোয় শোক্না চিন্তা তৌরক্লে ॥৩৭-৩৮॥ মতম্ অসিদা যুধিষ্ঠিরনা চিন্তা তৌখিবগী মরম্দি—কৃষ্ণগী পাঞ্চজন্যগী মখোল্লা তোয়না তাশিল্লকপা অমুপ্ কৌরব লাম্নী-শিংগী হরাউ মুংঙাইবা কোংদোকপগী সিংহনাদগী খোল্লাউ তারি—আসনি ॥৩৯॥ মতৌ অসুম্না চিন্তা তৌনা তৌনা, রাখনা থম্মোয় পুবা য়াত্রদুনা, মতুংদা তৌগদবা-পাম্নবৎকদবা থবক অসি কায়নো হায়বদু লেপ্পকম্ খঙ্ঙকত্রবা যুধিষ্ঠিরনা শিনিবংশগী অথোইবা সাত্যকিদা অসুম্না হায়রকই ॥৪০-৪১॥ যুধিষ্ঠিরনা হায় :—"সাত্যকি! মহাত্মা-সাধুশিংনা অরেপ্পা ধর্ম্মগী বিষয়দা নৈনখিবা অদুগা মাঙ্গলোয়ন লোয়নননা লালগী ধর্ম্মগী মরম্‌দা নৈনখিবা মতম্‌দা তৌগদবা থবকী তাঙ্গা অদু হৌজিক অসিদা লাকে—"॥৪২॥ শিনিবংশগী অথোইবা-অকনবা! মতম্ অসিদা লাম্নীশিংগী মপুংদা ঐগী থ্‌াইদগী মরূপ্ ওইবা মীশক অসি নত্তোন্দগী তেম্না ঐ কনা অমত্তা উত্রে ॥৪৩॥ মতম্ লৈখ-খিবিত্তা পেন্দুনত লৈজবা, হায়বমখৈ ইনবা অত্তুত্তা মীশক্ অতুত্তু লাতকমদা থাজিনবা হৌইনে—হায়বাস ঐগী মতনি ॥৪৪॥ বৃষ্ণি শাগৈগী পুংতাইনবগী মশক্ ওইরবা! নহাক্তি কৃষ্ণম্ অমাবদা পাণ্ডব ঐখোয় পুম্বগী হাত্তানবম্ অমখি চত্তজবম্ ওইরক্লিবনি। কৃষ্ণা মাঙ্গলনা কনৃবা হায়বসি, ঐনা থমবদা, নহাক্তনি ॥৪৫॥ অদুনা নহাক্ নক্তা : মিয়ৈ 'থাজিবা'

স ত্বং ভ্রাতুর্বয়স্যস্য গুরোরপি চ সংযুগে। কুরু কৃচ্ছ্রে সহায়ার্থমর্জ্জুনস্য নরর্ষভ! ॥৪৭॥
ত্বং হি সত্যব্রতঃ শূরো মিত্রাণামভয়ঙ্করঃ। লোকে বিখ্যায়সে বীর! কর্ম্মভিঃ সত্যবাগিতি ॥৪৮॥
যো হি শৈনেয়! মিত্রার্থে যুধ্যমানস্ত্যজেত্তনুম্। পৃথিবীং বা দ্বিজাতিভ্যো যো দদ্যাৎ স সমো ভবেৎ ॥৪৯॥
শ্রুতাশ্চ বহবোঽস্মাভী রাজানো যে দিবং গতাঃ। দত্ত্বেমাং পৃথিবীং কৃৎস্নাং ব্রাহ্মণেভ্যো যথাবিধি ॥৫০॥
এবং ত্বামপি ধর্ম্মাত্মন্! প্রযাচেঽহং কৃতাঞ্জলি। পৃথিবীদানতুল্যং স্যাদধিকং বা ফলং বিভো! ॥৫১॥
এক এব সদা কৃষ্ণো মিত্রাণামভয়ঙ্করঃ। রণে সংত্যজতি প্রাণান্ দ্বিতীয়স্ত্বঞ্চ সাত্যকে! ॥৫২॥
বিক্রান্তস্য চ বীরস্য যুদ্ধাৎ শূর্যয়তো যশঃ। শূর এব সহায়ঃ স্যান্নেতরঃ প্রকৃতো জনঃ ॥৫৩॥
ঈদৃশে হি পরামর্দ্দে বর্ত্তমানস্য মাধব!। ত্বদন্যো হি রণে গোপ্তা বিজয়স্য ন বিদ্যতে ॥৫৪॥
শ্লাঘন্নেব হি কর্ম্মাণি শতশস্তব পাণ্ডবঃ। মম সংজনয়ন্ হর্ষং পুনঃ পুনরকীর্ত্তয়ৎ ॥৫৫॥
লঘুহস্তশ্চিত্রযোধী তথা লঘুপরাক্রমঃ। প্রাজ্ঞঃ সর্বাস্ত্রবিচ্ছূরো ন চ মুহ্যতি সংযুগে ॥৫৬॥

থবক্ অসে, নংনা লায়না পাঙ্থোকপা ভম্গনি। নহাক্কি মতম্ অয়াম্বদা ঐনা নীঙবা পুম্বু মহৈ য়ালহন্দুনা লাক্লিবনি ॥৪৬॥ নিপা অ.থাইবা! অর্জ্জুন হায়বসে নহাকীদি পোকৃমিল্লগুম্বনি, মরূপ.নি, অহুগী মথক্কা খুৎলায়গী ওঝা অমনি। অহুনা নহাক্ হৌজিক্মক অরাবা খুদোং থীরবা মতম্সিদা নংগী ওঝা, মরূপ. অমদি পোক্মিল্লবগুম্ লৈব্রব অর্জ্জুনগী মতেং পাংলু ॥৪৭॥ অকনবা! নহাক্, অসে, অকনবনি, রাশক্ চেৎপনি, অচুম্ব ঙাঙবা মীশক্নি, মীবু কিহন্দবা মরিল্ লৈবনি হায়না জগত্তা কাওথ্রবনি ॥৪৮॥ সাত্যকি! লালকম্দা মরূপকীদমক্তা থরাই থাঙ্লবা মী অহুগ্ চঙ্জকম লৈত্রবা ব্রাহ্মণদা ভূমিদান তৌবা মী অহুগী অনী অসিনা কংবা খুভম্ অহুদি মশা অমতনি ॥৪৯॥ মকম মতম্ চানা ব্রাহ্মণশিংদা ভূমিদান তৌদুনা স্বর্গ কাথ্রবা নিংথৌরেনশিং অহুগী য়ারীশু ঐখোয়না কয়া কয়া তাখ্রে ॥৫০॥ ধর্ম্ম চেল্লবা অকনবা! খুৎ লোম্নদুনা নঙোন্দা হায়জরি। মরম্দি অচুম্বগী মায়কৈদা লেপ্লুনা লান্দা থরাই থাবা হায়বসিগী ফলদি চঙজকম্ লৈত্রে ব্রাহ্মণদা ভূমিদান তৌবগী ফল অহুদগীম্বু হেল্লি হায়নৈ ॥৫১॥ সাত্যকি! মীপুম্বগী অরাবা কোকৃপিহৈবা, মীপুম্ববু কিহন্দবা কৃষ্ণমক্তা লালদ থরাই থানবগী দমক্ হোৎনরিবসিগুম্বা নহাকসু তৌ ॥৫২॥ মথৌনা লৈবা; লান্দা মিংচৎ পাম্বা অকনবশিংনা অকন্বগী সহায় উপায় ওইন-খিবনি। অতোপ্পা মীচম্বা ওইগদবা নত্তে ॥৫৩॥ মধু বংশগী অকনবা! অসিগুম্বা কল্লবা লান্দগী মত্তাং অসিদা নহাককুম্বা অকন্বা অম নত্তনা অর্জ্জুনবু ঙাক শেন্বদা মতীক্ চাবা কনা অমত্ত লৈত্রে ॥৫৪॥ য়েংঙু অকনবা! মযাঙৈদা ঈনাও অর্জ্জুননা নংগী তৌবা ভম্বা নতীক ন্যঙশিংবু ঐঙোন্দা হয়া হয়া, ঐমকী থম্মোয়দা নুংঙাইবা পীদুনা তাহন্খি ॥৫৫॥ "সাত্যকি হায়বা মিপাগী; মখুৎ খুবা য়াঙবা, লাল্ মখল মখল্ তৈবা, পাম্ভু কন্বা ঈচঙ থৌবা,

মহাস্কন্ধো মহোরস্কো মহাবাহুর্মহাধনু। মহাবলো মহাবীর্য্যঃ স মহাত্মা মহারথঃ ॥৫৭॥
শিষ্যো মম সখা চৈব প্রিয়োঽস্যাহং প্রিয়শ্চ মে। যুযুধান সহায়ো মে প্রমথিষ্যতি কৌরবান্ ॥৫৮॥
অস্মদর্থঞ্চ রাজেন্দ্র! সংনহ্যেদ্যদি কেশবঃ। রামো বাপ্যনিরুদ্ধো বা প্রদ্যুম্নো বা মহারথঃ ॥৫৯॥
গদো বা সারণো বাপি শাম্বো বা সহ বৃষ্ণিভিঃ। সহায়ার্থং মহারাজ! সংগ্রামোত্তমমূর্দ্ধনি ॥৬০॥
তথাপ্যহং নরব্যাঘ্রং শৈনেয়ং সত্যবিক্রমম্।
সাহায্যে বিনিযোক্ষ্যামি নাস্তি মেঽন্যো হি তৎসমঃ ॥৬১॥ (বিশেষকম্)
ইতি দ্বৈতবনে তাত। মামুবাচ ধনঞ্জয়ঃ। পরোক্ষে ত্বদ্‌গুণাংস্তথ্যান্ কথয়ন্নার্য্যসংসদি ॥৬২॥
তস্য ত্বমেনং সঙ্কল্প ন বৃথা কর্ত্তুমর্হসি। ধনঞ্জয়স্য বার্ষ্ণেয়! মম ভীমস্য চোভয়োঃ ॥৬৩॥
যচ্চাপি তীর্থানি চরন্নগচ্ছং দ্বারকাং প্রতি। তত্রাহমপি তে ভক্তিমর্জ্জুনং প্রতি দৃষ্টবান্ ॥৬৪॥
ন তৎ সৌহৃদমন্যেষু ময়া শৈনেয়। লক্ষিতম্। যথা ত্বমস্মান্ ভজসে বর্ত্তমানানুপপ্লবে ॥৬৫॥
সোঽভিজাতশ্চ ভক্তশ্চ সখ্যস্যাচার্য্যকস্য চ। সৌহৃদস্য চ বীর্য্যস্য কুলীনত্বস্য মাধব। ॥৬৬॥

---

অশিংবা. থুংলায় পুন্না হৈরবা, লান্দা মিপাইদবা সুম্মাৎ কন্দবা অকনবা অমনি”—অসুম হায়না অর্জ্জুননা ঐঙোন্দা হন্না হন্না হায়খিবনি ॥৫৬॥ অমুকসু অসুম্না হায়খি—“সাত্যকি হায়বা নিপাসি মঙেং-ফনবা, মথবাক্ কনবা-পাকপা, মপাম্বোম চাউবা, লীরুং অচৌবা পায়বা, মপাঙ্গল য়াম্না কনবা, মখোনা লৈবা, মবুকচেল চাউবা মহারথী অমনি ॥৫৭॥ “সাত্যকি হায়বসি অর্জ্জুন ঐগী মুংশিগ্রবা শিষ্য অমদি মরুপনি। ঐনা মাবু য়াম্না নুংশি; মানসু ঐবু য়াম্না নুংশি। অর্জ্জুননা কাল অমদা সাত্যকি হায়বসিনা ঐগী ঈতেং ওইদুনা কৌরব লাম্মীশিংবু নৈথাইরখিনি” ॥৫৮॥ “অদুনা য়াম্বুং মহারাজ! কৃষ্ণ মশামক্না ঐখোয়গীদমক্তা লালগী শেম্‌শাবিরবা, বলরাম অনিরুদ্ধ, প্রদ্যুম্ন গদ সারাণ অদুগা বৃষ্ণি বংশগী অকন্‌বশিংগা লোয়নন্নবা শাম্ব মক্লসু ঐখোয়গীদমক্ত লালগী শেমশাবিরবা অদুমক্তদা সাত্যকিবু শেম্‌শাহন্‌বদি থক্ তোকলোই। মরম্‌দি অমগা মান্নবা অমত্তা ঐগী সহায় ওইবিনবা লৈতে” ॥৫৯-৬১॥

ঈবুংঙো। অকনবা সাত্যকি। অদুধৈ ঐখোয়না দৈত্যবনদা লৈরিঙৈদা নহাক লৈত্রিঙৈদা অর্জ্জুননা ঐঙোন্দা নংগী নতীক নগুণ পুন্নমক্‌সি শক্‌শোনখিবনি। ঐঙোন্দা অর্জ্জুননা হায়খিবা পুন্নমক্তা ঐনা নঙোন্দা হায়রিবসিনি ॥৬২॥ কৃষ্ণণাগৈগী মুংঙাইননবগী মশক্ ওইবা। নহাক্না অর্জ্জুনগী অদুগা ভীমসেনগী ঐগা ঐখোয় অনীগী সংকল্প অসে থুগাইবা চুমদে ॥৬৩॥ অদুগা ঐনা অদুধৈ তীর্থভ্রমণ তৌবা মতম্‌দা দ্বারকাদা লাক্‌পদা অর্জ্জুনগী মকম্‌দা তৌবা নহাককী ভক্তিসু ঐনা উখ্রে ॥৬৪॥ সাত্যকি। ঐখোয় হৌজিক লালকমসিদা য়াম্না লুরবা থুদোং থীবা ফীভমদা লৈরেদো। অবস্থা অসিমক্তদসু নহাক্না ঐখোয়বু কিনা লুনা নুংশিননা তৌবিরিবা অসিমকসু ঐখোয়না প্রত্যক্ষ ওইনা উরি। অমুক লুনা তৌবিবসি ঐনা কনাগুম্বা অতোপ্পা অমগী মকম্‌দা উত্রি ॥৬৫॥ অদুনা মধুবংশগী অকনবা! ঐখোয়বু লুনা কিনা নুংশিনা

সত্যশ্চ চ মহাবাহো। অনুকম্পার্থমেব চ। অনুরূপং মহেষ্বাস। কর্ম্ম ত্বং কর্ত্তুমর্হসি ॥৬৭॥ (যুগ্মকম্)
সুযোধনো হি সহসা গতো দ্রোণেন দংশিতঃ। পূর্ব্বমেব তু যাতাস্তে কৌরবাণাং মহারথাঃ ॥৬৮॥
সুমহান্ নিনদশ্চৈব শ্রূয়তে বিজয়ং প্রতি। স শৈনেয়। জবেনাশু গন্তুমর্হসি মাধব। ॥৬৯॥
ভীমসেনো বয়ঞ্চৈব সংযত্তাঃ সহসৈনিকাঃ। দ্রো ণমাবারয়িষ্যামো যদি ত্বাং প্রতি যোৎস্যতে ॥৭০॥
পশ্য শৈনেয়। সৈন্যানি দ্রবমাণানি সংযুগে। মহান্তঞ্চ রণে শব্দং দীর্য্যমাণাঞ্চ বাহিনীম্ ॥৭১॥
মহামারুতবেগেন সমুদ্রমিব পর্ব্বসু। ধার্ত্তরাষ্ট্রবলং তাত। বিক্ষিপ্তং সব্যসাচিনা ॥৭২॥
রথৈর্বিপরিধাবদ্ভিঃ মনুষ্যৈশ্চ হয়ৈঃ সহ। সৈন্যং রজঃ সমুদ্ধূতমেতৎ সংপরিবর্ত্ততে ॥৭৩॥
সংবৃতঃ সিন্ধুসৌবীরৈর্নখর প্রাসযোধিভিঃ। অত্যন্তোপচিতৈঃ শূরৈঃ ফাল্গুনঃ পরবীরহা ॥৭৪॥
নৈতদ্বলমসংবার্য্য শক্যো হন্তুং জয়দ্রথঃ। এতে হি সৈন্ধবস্যার্থে সর্বে সন্ত্যক্তজীবিতাঃ ॥৭৫॥
শরশক্তিধ্বজবরং হয়নাগসমাকুলম্। পশ্যৈতদ্ধার্ত্তরাষ্ট্রাণামনীকং সুদুরাসদম্ ॥৭৬॥
শৃণু দুন্দুভিনির্ঘোষং শঙ্খশব্দাংশ্চ পুষ্কলান্। সিংহনাদরবাংশ্চৈব রথনেমিস্বনাংস্তথা ॥৭৭॥

---

ব্যবহার তৌথিবা অদুগা ঐখোয়দা দয়া তৌবিবত্থ মপূং কানা উৎকে চায়গীদমক ঐখোয়গী মরূপ ওইবিবা অদুগা ঐখোয়না তৌ হায়বত তৌবিরিবা অসিমক অচৌবা শাগৈদা পোকপগী মতীক্চাবা প্রমাণনি ॥৬৬—৫৭॥ অমারোমদা দুর্য্যোধন হায়বা মুপাসিনা দ্রোণনা পীবা কবচ শীজিনদুনা নীওঙাইবা লৈতনা অর্জ্জুন তয়া ফুজিনখ্রে। অদুগা কৌরব পক্কগী অকনবা মহারথী অয়াম্বসু মহাক্কী মতুং ইন্নখ্রে ॥৬৮॥ অর্জ্জুননা লৈরিবা মায়কৈ অসোমদা য়ায়া নিম্নরকপগী মখোলসু তারি। অদুনা মধুশাগৈগী অখোইবা সাত্যকি! নহাক হৌজিমক থূনা য়াংনা মকম্ অসি তায়া চৎকম্ থোকই ॥৬৯॥ দ্রোণনা মহাক্কী বিরুদ্ধদা চংশিল্লক্লবসু ঐগা ভীমসেনগা ঐখোয় অনীসু লাম্মীশিংগা লোইমনা নহাকপু ঙাকশেন্নবা চৎকনি ॥৭০॥ সাত্যকি! য়েংউ, আহু! কৌরবলাম্মীশিং আসে চেন্নরি, খায়া লাউখোংনরি। কৌরব তেঙ্গোল পুম্বা পুমচাই চায়নরে ॥৭১॥ অদুগা অমুকসু য়েংঙু সাত্যকি। চাউরবা নুংশিৎ ঈপোম্ অমনা পূর্ণিমা অমাবস্যা অনীগী সমুদ্রবু ঈথক হৌহনবা অদুঙুম্না অর্জ্জুন মথস্তনা কৌরব লাম্মী মপৈ অসিসু খোইরেল মশা পায়হল্লি ॥৭২॥ শগোল শামু খোঙমী লাম্মী পুম্নমককী মখোঙগী উফুম্না নোংমদোন থম্না হায়গৎলকল্লি ॥৭৩॥ খুজিম্না খুহুম্না, থাঙনা তানা খুৎথেংননা শোরুবা হৈবা সিন্ধু অমদি সৌবির দেশগী অকনবশিংনা মথ মথং অসুম মশীং য়ামথৎলক্ত্তুনা, য়েরুবা ওম্বা অকনবা অর্জ্জুনবু মায়গৈ মরিমক্তা কোয়শিল্লক্লে ॥৭৪॥ অর্জ্জুননা হায়নরিবা লাম্মীশিং অসিবু ঙাকথোক্তনদি জয়দ্রথবু থক হাৎপা য়ারোই মরমদি হায়রিবা লাম্মীশি অসিনা থরায় থারকাওদা জয়দ্রথবু ঙাকশেনগনি হায়না রাশকথ্রবনি ॥৭৫॥ য়েংঙু! সাত্যকি! কৌরব লাম্মী পুম্নমক অসি মাগী মাগী মথুত্তা থাংজা য়োচ্ছ্ক মুংগুকনচিংবা পায়দুনা সগোল, শামু রথগা লোয়ননা শেমশাদুনা চপ্ লেপতুনা লৈখ্রে ॥৭৬॥ সাত্যকি! তাও। কৌরব লাম্মীশিং লোমদগী পুংশেল যন্ত্র মোইবুংনচিংবগী

নাগানাং শৃণু শব্দঞ্চ পত্তীনাঞ্চ সহস্রশঃ। সাদিনাং দ্রবতাঞ্চৈব শৃণু কম্পয়তাং মহীম্ ॥৭৮॥
পুরস্তাৎ সৈন্ধবানীকং দ্রোণানীকস্য পৃষ্ঠতঃ। বহুত্বাদ্ধি নরব্যাঘ্র! দেবেন্দ্রমপি পীড়য়েৎ ॥৭৯॥
অপর্য্যন্তে বলে মগ্নো জহ্যাদপি চ জীবিতম্। তস্মিংশ্চ নিহতে যুদ্ধে কথং জীবেত মাদৃশঃ ॥৮০॥
সর্ব্বথাহমনুপ্রাপ্তঃ সুকৃচ্ছ্রং বত জীবিতম্। শ্যামো যুবা গুড়াকেশো দর্শনীয়শ্চ পাণ্ডবঃ ॥৮১॥
লঘ্বস্ত্রশ্চিত্রযোধী চ প্রবিষ্টস্তাত! ভারতীম্। সূর্য্যোদয়ে মহাবাহুর্দিবসশ্চাতিবর্ত্ততে ॥৮২॥
(যুগ্মকম্)

তন্ন জানামি বার্ষ্ণেয়! যদি জীবতি বা ন বা। কুরূণাঞ্চাপি তৎ সৈন্যং সাগরপ্রতিমং মহৎ ॥৮৩॥
এক এব চ বীভৎসুঃ প্রবিষ্টস্তাত! ভারতীম্। অবিষহ্যং মহাবহুঃ সুরৈরপি মহাহবে ॥৮৪॥
ন চ মে বর্ত্ততে বুদ্ধিরদ্য যুদ্ধে কথঞ্চন। দ্রোণোঽপি রভসো যুদ্ধে মম পীড়য়তে বলম্।
প্রত্যক্ষা তে মহাবহো! যথাসৌ চরতি দ্বিজঃ ॥৮৫॥
যুগপচ্চ সমেতানাং কার্য্যাণাং ত্বংবিচক্ষণঃ। মহার্থং লঘুসংযুক্তং কর্ত্তুমর্হসি মানদ! ॥৮৬॥
তস্য মে সর্ব্বকার্য্যেষু কার্য্যমেতন্মতং মহৎ। অর্জ্জুনস্য পরিত্রাণাং কর্ত্তব্যমিতি সংযুগে ॥৮৭॥

---

মখোল অমদি সিংহনাদ লাউবগী মখোল অতৎ অথম্ লৈতনা তায়কলি ॥৭৭॥ অমুকস্য য়েংঙু সাত্যকি! শগোল শামু খোংমী অদুগা শগোল শামু তোংবা লাম্মী লিশিং লিশিং লখা লখানা লালকম্ লৈমায়থক অসি থক থক নীকহন্দুনা চেলশিন্নরকলি ॥৭৮॥ নিপা অথোয়বা সাত্যকি! দ্রোণগী লাম্মী মপেগী মতুংদা অদুগা জয়দ্রথগীদি মমাঙদা জয়দ্রথগী লাম্মী তেঙ্গোল অসি লৈরি। মখোয় অসি কয়া য়ামগ্রবনো! দেবরাজ ইন্দ্রমক্পু নৈবা ঙমগদৌরি ॥৭৯॥ অর্জ্জুন অসি মথন্তা ঙায়বনা কৌরব লাম্মী ঈপাক অসিদা লূপগ্রবনি মথয়াই থাবা কাওবা য়ানা লৈরি। মাগুম্বনা লৈখিদ্রবদা ঐনা মতম কয়া কুইনা হিংহুনা লৈগনি ॥৮০॥ ঙস্থোকৃপনি! সাত্যকি! ঐগী পুনসি অসি হৌজিক্ অরাবা খুদোংথীবদা তায়রে। আঃ! কুচু শংবায়রবা, শাওং শাদা কজরবা, লাল্ মখল মখল হৈরবা মশক মতৌ ফজরবা, ইনাও নিপা পাখং অর্জ্জুন অসিনা লাল্ চঙখিবসি নুমিৎ হেক থোকৃপদগীনি। অহুবু হৌজিকত্তি নুমিৎ চায়রকৃলে ॥৮১-৮২॥ অহুবু, সাত্যকি! ইনাও নুংশিজরবা অর্জ্জুন অহুবু হিংঙমখিগদ্রা? কৌরব লাম্মী মপৈ অসিদি সমুদ্র ঈপাককুম্থ্রে ॥৮৩॥ ঈবুংঙো, সাত্যকি! লাইয়াম্মকস্য পাক্ চঙবা ঙম্মরোইদৌরিরা কৌরব লাম্মী মরক অসিদা অর্জ্জুন অসি মথন্তা চঙগ্রবনি ॥৮৪॥ ঙসিগী নুমিত্তা, সাত্যকি! ঐ লাল চঙগদবসে ঈতন্ তন্থ্রে, য়াম্মা হৈনিংদ্রে। অমরোম্দা দ্রোণ অসিনা মথন্তনা পাণ্ডব লাম্মীখিবিকৃপু য়ৈথায়রকৃলি। অকন্বা! ব্রাহ্মণ অসিনা অকন্বা নংগী মমাঙমক্তদা অকিবা নীঙায়বা লৈতনা লালকম্ অসিদা কোয়চৎ চৎলি ॥৮৫॥ ঈকায়খুম্নবা য়াম্বগী ঈকায় খুম্নহৈবা! নংদি মতম অমতদা থবক্পুম্বা পাঙথোকৃপা ঙম্মনি। থবক্না য়াম্না অক্নবা থবক্ অসি অমুক্ত পাঙথোক্নবা তৌ ॥৮৬॥ ঙসিগী লাল অসিদা ঙম্মৈ অর্জ্জুনবু ঙাকৃশেন্দুনা থমগদবনি। মসিতম্না লাম্বাও অসিগী থবায়দগী মরু ওয়বা থবক্তি হায়না ঐনা

নাহং শোচামি দাশার্হং গোপ্তারং জগতঃ প্রভুম্। স শক্তো হি রণে ত্রাতুং ত্রীল্লোঁকানপি সঙ্গতান্ ॥৮৮॥
বিজেতুং পুরুষব্যাঘ্রঃ সত্যমেতদ্ব্রবীমি তে। কিং পুনর্ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য বলমেতৎ সুদুর্বলম্ ॥৮৯॥
(যুগ্মকম্)

অর্জ্জুনস্ত্বেব বার্ষ্ণেয়! পীড়িতো বহুভির্মৃধে। প্রজহ্যাৎ সমরে প্রাণাংস্তস্মাদ্বিন্দামি কশ্মলম্ ॥৯০॥
তস্য ত্বং পদবীং গচ্ছ গচ্ছেয়ুস্তাদৃশা যথা। তাদৃশস্তেদৃশে কালে মাদৃশেনাভিনোদিতঃ ॥৯১॥
রণে বৃষ্ণিপ্রবীরাণাং দ্বাবেবাতিরথৌ স্মৃতৌ। প্রদ্যুম্নশ্চ মহাবাহুস্ত্বঞ্চ সাত্বত! বিশ্রুতঃ ॥৯২॥
অস্ত্রে নারায়ণসমঃ সঙ্কর্ষণসমো বলে। বীরতায়াং নরব্যাঘ্র!! ধনঞ্জয়সমো হ্যসি ॥৯৩॥
ভীষ্মদ্রোণাবতিক্রম্য সর্ব্বযুদ্ধবিশারদম্। ত্বামদ্য পুরুষব্যাঘ্র! লোকে সন্তঃ প্রচক্ষতে ॥৯৪॥
নাসাধ্যং বিদ্যতে লোকে সাত্যকেরিতি মাধব!। যদত্র ত্বাস্তু বক্ষ্যামি তৎ কুরুষ্ব মহাবল! ॥৯৫॥
সম্ভাবনা হি লোকস্য মম পার্থস্য চোভয়োঃ। নান্যথা তাং মহাবাহো! সংপ্রকর্ত্তুমিহার্হসি ॥৯৬॥
পরিত্যজ্য প্রিয়ান্ প্রাণান্ রণে চর বিভীতবৎ। ন হি শৈনেয়! দাশার্হা যুদ্ধে রক্ষন্তি জীবিতম্ ॥৯৭॥
অযুদ্ধমনবস্থানং সংগ্রামে চ পলায়নম্। ভীরূণাং সম্মতো মার্গো নৈষ দাশার্হসেবিতঃ ॥৯৮॥

---

থল্লি ॥৮৭॥ জগৎ পুম্নমকস্থু ঙাকৃলিবা, খ্বাইগী মপু ওইবগুম্, লৈরিবা কৃষ্ণগীদি ঐ থোঙ্গইদোক্ক য়াক্কদে। মরমদি নিপা অথোঙ্গবা কৃষ্ণ মথন্তনা মরোল্ অহুম মরিবু খুদক্ক জয় তৌবা ঙমগনি। দুর্য্যোধনগী লাম্মী খরসিনদি কৈদৌরুনি। ঐনা হায়রিবশিংসে অচুম্বা মক্কনি সাত্যকি! ॥৮৮—৮৯॥ অহুবু বৃষ্ণিনন্দন! কৃষ্ণনদি সারথি ওইনা লৈরবনিনা লাম্মী ময়াম্ অসিনা তকৃশিল্লক্রবদা অর্জ্জুন অসে, ঙসি শোয়দনা মথরাই থাররনি। অদুনা সাত্যকি! ঐ জ্ঞান মাঙলে; তৌকম্ থঙক্রে ॥৯০॥ সাত্যকি! ঙসি নংবু লালফম্ অসিদা থাজিনগে। মতম্ অসিদা অকন্বা মরিল্ লৈবা নিপানা লাল্লক্ক চঙশিন্থিবা মওং অহুদা চপ্ চানা নহাকস্থু লালকম অসিদা অর্জ্জুনগী থোঙ্গুল্ লীখো ॥৯১॥ সাত্বত বংশদা পোকপা! হৌজিক্, বৃষ্ণি বংশদা মহারথিনি হায়না জগত্ত কাওরিবসি মীশক্ অনীতনি—প্রদ্যুম্ন অমা, অতুগা অমনা নহাক্—॥৯২॥ নহাক্তি খুৎলায়দা কৃষ্ণগা অক্ষানি; পাঙ্গল্দা বলদেবগা পাংথকনি; নথৌনাদা অর্জ্জুন মকনি ॥৯৩॥ নিপা অথোঙ্গবা! মতম্ অসিদা, জগৎনা ভীষ্ম দ্রোণ অনীবু শীংথানত্রিবৈঙদা সাত্যকি নহাকপু হায়া শীংথানরিবনি ॥৯৪॥ মধুবংশগী থ্বাঙ্গদগী কন্বা! জগত্তা মতম্ অসিদা সাত্যকি নহাক্না তৌবা ঙম্মোঙ্গদৌবা থবক অমত লৈতে। অদুনা ঐনা মীশক থঙনা নহাকপু থাজিল্লিবা থবক অসি ধুনা য়াঙনা পাঙথোকউ ।৯৫॥ অকন্বা! নহাক্কী মরমদা অয়াম্বনা ঐনা অমদি অর্জ্জুননা মুয়া খঙহুনা লৈরিবসে অরেম্বা—ওইদবা তাহনগন্থু ॥৯৬॥ সাত্যকি! নংগী ম্নংশিজরবা থরাই অহুবু পাম্মুবা তৌদনা, অকিবা মীঙভায়বা থাদোকতুনা লালকমদা চঙক্রে। মরমদি যদুবংশগী অকন্বশিংনা লালকমদা থরাইগীদমক্ক থোইনা থম্নদে ॥৯৭॥ লালকমদা

তবার্জ্জুনো গুরুস্তাত। ধর্ম্মাত্মা শিনিপুঙ্গব।। বাসুদেবো গুরুশ্চাপি তথা পার্থস্য ধীমতঃ ॥৯৯॥
কারণদ্বয়মেতদ্ধি জানংস্ত্বামহমব্রুবম্। মাবমংস্থা বচো মহ্যং গুরুস্তব গুরোরহম্ ॥১০০॥
বাসুদেবমতঞ্চৈব মম চৈবার্জ্জুনস্য চ। সত্যমেতন্ময়োক্তং তে যাহি যত্র ধনঞ্জয়ঃ ॥১০১॥
এতদ্বচনমাজ্ঞায় মম সত্যপরাক্রম।। প্রবিশৈতদ্বলং তাত। ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য দুর্ম্মতেঃ ॥১০২॥
প্রবিশ্য চ যথান্যায়ং সঙ্গম্য চ মহারথৈঃ। যথার্হমাত্মনঃ কর্ম্ম রণে সাত্বত। দর্শয় ॥১০৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে যুধিষ্ঠিরবাক্যে চতুর্নবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

লৈরগা লাল্ শোরুদবা, অয়েক্লবগী মমাঙদা লেপঙমদবা, নত্রগা লাল্কমদগী চেনবা—হায়রিবশিং অসি পাংগুদবা কিগনবশিংগী মথোনি। অহুগা অসিগুম্বা কত্রবা লম্বীদা যদুবংশগী অকন্বশিংন থক্ চৎনখিদে ॥৯৮॥ শিনিশাগৈগী খ্বাইগী লুচিংবা! ধর্ম্মচেল্লবা অর্জ্জুন হায়বসে নহাক্কীদি খুৎলায়গী গুরুনি। অহুগা কৃষ্ণ হায়রিবসিনা নহাক্কী অমদি শিংলবা অর্জ্জুনগী গুরুনি ॥৯৯॥ মরম্ অনীসিস্থ লৈবনা ঐনা নঙোন্দা অস্থম্না হায়রিবনি ॥১০০॥ হায়রিবসে—ঐগী, কৃষ্ণগী অহুগা অর্জ্জুনগীস্থ মতনি। মাসি নঙোন্দা থাগৈশেংনা হায়রিবনি। অহুনা সাত্যকি! অর্জ্জুননা লৈরিবা মফম অসিদা নং থুনা য়াঙনা চঙ্শীল্লু ॥১০১॥ ঈবুঙো, অকন্বা! যুক্তিযুক্ত ওইবা ঐনা হায়রিবসে অচুম্বমক্নি হায়না খল্দুনা দুর্য্যোধনগী লান্মীমপৈ অসি নম্থেকতুনা চঙ্ল্লো।—॥১০২॥ সাত্বতবংশদা পোক্লবা সাত্যকি! নিয়ম কায়দনা চঙখিদুনা য়েক্লবপক্ষগী মহারথীশিং অসিগা থেংনদুনা নংগী মতীক্ চাবা নথৌ উৎলু ॥১০৩॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা যুধিষ্ঠিরবাক্যগী মরিফুতরামরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চনবতিতমোঽধ্যায়ঃ।

### মরিফুতরামগাশুবা অধ্যায়

(জয়দ্রথবধকী মপুংদা। সাত্যকিদা। যুধিষ্ঠিরনা। ঙাঙবা)

—:•:—

সঞ্জয় উবাচ।

শ্রুতিযুক্তঞ্চ ধর্ম্ম্যঞ্চ মধুরাক্ষরমেব চ। কালযুক্তঞ্চ চিত্রঞ্চ যুক্তং ষচ্চাভিভাষিতম্ ।১।
ধর্ম্মরাজস্য তদ্বাক্যং নিশম্য শিনিপুঙ্গবঃ। সাত্যকির্ভরতশ্রেষ্ঠ। প্রত্যুবাচ যুধিষ্ঠিরম্ ।২।

(যুগ্মকম্)

শ্রুতং তে গদতো বাক্যং সর্ব্বমেতন্ময়াচ্যুত।। ন্যায়যুক্তঞ্চ চিত্রঞ্চ ফাল্গুনার্থে যশস্করম্ ।৩।
এবংবিধে তথা কালে মাদৃশং প্রেক্ষ্য সত্তম।। বক্তুমর্হসি রাজেন্দ্র। যথা পার্থং তথৈব মাম্ ।৪।
ন মে ধনঞ্জয়স্যার্থে প্রাণা রক্ষ্যাঃ কথঞ্চন। ত্বৎপ্রযুক্তঃ পুনরহং কিং ন কুর্য্যাং মহাহবে ।৫।
লোকত্রয়ং যোধয়েয়ং সদেবাসুরমানুষম্। ত্বৎপ্রযুক্তো নরেন্দ্রেন্দ্র। কিমুতৈতৎ সুদুর্ব্বলম্ ।৬।
সুযোধনবলং ত্বদ্য যোধয়িষ্যে সমন্ততঃ। বিজেষ্যে চ রণে রাজন্। সত্যমেতদ্ব্রবীমি তে ।৭।

সঞ্জয়না হায় ঃ—ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ! মুংশিবা রাহৈনা থল্লবা, ধর্ম্মগা চুনরবা খোম্বোক্ কজরব ময়েরা তিল্লবা, মতমগা চুনরবা অঙকপা ফংনা কজরবা, যুক্তি প্রমাণ চারবা যুধিষ্ঠিরগী রাহৈশিং অসি তাবদা শিনিবংশগী অথোইবা সাত্যকিনা অমুক্না হায়রকই—।১-২। ধর্ম্ম চেনবগী অথোইবা! মহারাজ! মচানাজনা অর্জ্জুনগীদমক্ত তাকপিরিবশিংসে ঐ লোইনা তাজরে ।৩। সাধু অথোইবা মহাত্মা ওইরবা নিংথৌ! অসিগুম্বা মতমদা ঐগুম্বা মীশক অমবু উরগা অর্জ্জুন মশামক্ত তাকপিবা রাহৈশিং অদু ঐভোন্দসু তাকপিকম্ থোকই—চুম্মি ।৪। অর্জ্জুনগীদমক্ত হোৎনবদা ঐনা ঐগী থরাইসিবু খক মুংশিকম্ থোকতে। অসিগী মথক্তা মহারাজগুম্ব অমনা তাকপিবা য়াথংবু ঐগুম্বনা হীক্তোকপা খক য়ারোই; মাসিদা ঐনা লাল্ তৌরোইদৌবসি কদায়দনো? ।৫। নিংথৌ অথোইবা! মহারাজনা য়াথং পীনবিরবদি কনাগী লাইহিংচাব তাইবং মীনা থল্লবা মরোল অহুমসিগা ইথঙ্গা শোক্লগে। করিস্নু লৈত্রবা দুর্য্যোধন কৌরব লান্মী থরসিগদি করি অমুক্ হায়গনি? ।৬। মহারাজ! ঐ ঙসি, মায়কৈ মরিদা

কুশল্যাহং কুশলিনং সমাসাদ্য ধনঞ্জয়ম্। হতে জয়দ্রথে রাজন্। পুনরেষ্যামি তেঽন্তিকম্ ॥৮॥
অবশ্যন্তু ময়া সর্ব্বং বিজ্ঞাপ্যস্ত্বং নরাধিপ।। বাসুদেবস্য যদ্বাক্যমর্জ্জুনস্য চ ধীমতঃ ॥৯॥
দৃঢ়ং ত্বভিহিতশ্চাহমর্জ্জুনেন পুনঃ পুনঃ। মধ্যে চ সর্ব্বসৈন্যানাং বাসুদেবস্য শৃণ্বতঃ ॥১০॥
অদ্য মাধব। রাজানমপ্রমত্তোঽনুপালয়। আর্য্যাং যুদ্ধে মতিং কৃত্বা যাবদ্ধন্মি জয়দ্রথম্ ॥১১॥
ত্বয়ি বাহং মহাবাহো। প্রদ্যুম্নে বা মহারথে। নৃপং নিক্ষিপ্য গচ্ছেয়ং নিরপেক্ষো জয়দ্রথম্ ॥১২॥
জানীষে হি রণে দ্রোণং রভসং শ্রেষ্ঠসম্মতম্।
প্রতিজ্ঞা চাপি তে নিত্যং শ্রুতা দ্রোণস্য মাধব। ॥১৩॥
গ্রহণং ধর্ম্মরাজস্য ভারদ্বাজোঽনুগৃধ্যতি। শক্তশ্চাপি রণে দ্রোণো নিগ্রহীতুং যুধিষ্ঠিরম্ ॥১৪॥
এবং ত্বয়ি সমাধায় ধর্ম্মরাজং নরোত্তমম্। অহমদ্য গমিষ্যামি সৈন্ধবস্য বধং প্রতি ॥১৫॥
জয়দ্রথমহং হত্বা ধ্রুবমেষ্যামি মাধব। ধর্ম্মরাজং ন চেদ্দ্রোণো নিগৃহ্নীয়াদ্রণে বলাৎ ॥১৬॥
নিগৃহীতে নরশ্রেষ্ঠে ভারদ্বাজেন মাধব।। সৈন্ধবস্য বধো ন স্যান্মমাপ্রীতিস্তথা ভবেৎ ॥১৭॥
এবং গতে নরশ্রেষ্ঠে পাণ্ডবে চ যুধিষ্ঠিরে। অস্মাকং গমনং ব্যক্তং বনং প্রতি ভবেৎ পুনঃ ॥১৮॥
সোঽয়ং জয়ো মম ব্যক্তং বার্থ এব ভবিষ্যতি। যদি দ্রোণো রণে ক্রুদ্ধো নিগৃহ্নীয়াদ্যুধিষ্ঠিরম্ ॥১৯॥

---

পুম্থনথম্না লৈরবা কৌরবলাম্নীশিং অসিগা ইথম্তগা থেংনগে। মখোয়সিবু ঐ ঙসি জয়তৌগে, ঐ মহারাজদা রাশকতুনা হংগচ্চরি—৭॥ মহারাজ! ঐনা তেক্ত কায়দনা অর্জ্জুনগী নাক্ত য়োরগা—জয়দ্রথ হাৎলবা তুংদা মহারাজগী নাক্তা অমুক হক্তরকে॥৮॥ অদুগা মহারাজ! ঐগী মরমদা কৃষ্ণনা অমদি অর্জ্জুননা হায়খিবা পুন্নত্ত থবক্ত উৎতুনা অচুম্বনি হায়না উহক্তগে ॥৯॥ অদুগা অর্জ্জুননা লালকমুদা চঙঙমদাইদা কৃষ্ণমক্তী মাঙদা ঐঙোন্দা রা অসি হম্না হন্না অম্নম্না হায়খি:—॥১০॥ সাত্যকি! ঐনা জয়দ্রথবু হাৎতুনা হল্লকত্রিকাওবা নহাক্ য়াম্বুং যুধিষ্ঠিরবু থাদোক্তনা ভাক্ শেন্দুনা লৈরম্মু॥১১॥ অকনবা! নহাক্তী নকমুদা নত্রগা প্রদ্যুম্নগুবগী মকমদা যুধিষ্ঠির মহারাজবু শিন্নরম্নগত ঐনা লাল চঙগদবনি॥১২॥ সাত্যকি! নহাক্তা তারি-খঙলিবত্ত মঙায়—দ্রোণ চাযবা নিপা অসে হৌজিক্তী মতমদা খ্বাইদগী কনবা হৈবা লাম্নী অমনি অদুগা দ্রোণগী রাশকম্নু নংনা তাদুনা খঙদুনা লৈরিবত্ত মঙায়॥১৩॥ দ্রোণনা ধর্ম্মরাজ য়াম্বুংবু ফাগে হায়না খল্লি। অদুগা দ্রোনাচার্য্যনা যুধিষ্ঠিরবু লালকমুদা ফাবম্নু লায়না ঙমগনি॥১৪॥ মরম অদুনা সাত্যকি! ঙসি ঐনা নংগী নকমুদা য়াম্বুং মহারাজবু শিন্নরম্নগা জয়দ্রথ হাৎননবগী দমক্তা লাল্ চঙগে॥১৫॥ সাত্যকি! দ্রোণনা নমদুনা য়াম্বুং মহারাজবু ফাবা ঙমখিত্রবদি ঐন্দ্র শোয়দনা জয়দ্রথবু হাৎতুনা হল্লক্রবনি হায়বসি থঙঙ্॥১৬॥ অদুগা দ্রোণনা য়াম্বুং মহারাজবু ফাদুনা হেক্ মপুথ্রবদি ঐনা জয়দ্রথবু হাৎপা হায়বত্তদি ওইরোই, অহোয়নত্তম্ য়াম্ন ঙম্থিরবা কপা অমত্তম্ তাগদৌরি॥১৭॥ পাণ্ডুনন্দন য়াম্বুং মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু দ্রোণনা ফাদুনা মপুত্রবদি ঐখোয় অমুক্ বনদা চৎপা শোয়দ্রবনি॥১৮॥ খোইনা শাউবরা দ্রোণনা যুধিষ্ঠির মহারাজবু ফাত্রবদি

স ত্বমত্র মহাবাহো ! প্রিয়ার্থং মম মাধব । জয়ার্থঞ্চ যশোঽর্থঞ্চ রক্ষ রাজানমাহবে ॥২০॥

স ভবান্ ময়ি নিক্ষেপো নিক্ষিপ্তঃ সব্যসাচিনা । ভারদ্বাজভয়ং নিত্যং পশ্যমানেন তে প্রভো ! ॥২১॥

তস্যাপি চ মহাবাহো ! নিত্যং পশ্যামি সংযুগে । নান্যং হি প্রতিযোদ্ধারং রৌক্মিণেয়াদৃতে প্রভো ! ।

মাঞ্চাপি মন্যতে যুদ্ধে ভারদ্বাজস্য ধীমতঃ ॥২২॥

সোঽহং সম্ভাবনামেতামাচার্য্যবচনঞ্চ তৎ ।

পৃষ্ঠতো নোৎসহে কর্ত্তুং ত্বাং বা ত্যক্তুং মহীপতে ! ॥২৩॥

আচার্য্যো লঘুহস্তত্বাদভেদ্যকবচাবৃতঃ । উপলভ্য রণে ক্রীড়েদ্‌যথা শকুনিনা শিশুঃ ॥২৪॥

যদি কার্ষ্ণির্ধনুষ্পাণিরিহ স্যান্মকরধ্বজঃ । তস্মৈ ত্বাং বিসৃজেয়ং বৈ স ত্বাং রক্ষেদ্‌যথার্জ্জুনঃ ॥২৫॥

কুরু ত্বমাত্মনো গুপ্তিং কস্তে গোপ্তা গতে ময়ি । যঃ প্রতীয়াদ্রণে দ্রোণং যাবদ্‌গচ্ছামি পাণ্ডবম্ ॥২৬॥

মা চ তে ভয়মত্রাস্তু রাজন্নর্জ্জুনসম্ভবম্ । ন স জাতু মহাবাহুর্ভারমুদ্যম্য সীদতি ॥২৭॥

যে চ সৌবীরকা বীরাস্তথা সৈন্ধবপৌরবাঃ । উদীচ্যা দাক্ষিণাত্যাশ্চ যে চান্যেঽপি মহারথাঃ ॥২৮॥

---

ঐনা জযদ্রথবু হাৎলুহুনসু ; লালঙম্মুহুনসু কাম্নব্রে ॥১৯॥ "অহুনা অকন্‌বা সাত্যকি—! ঙসি নংনা ঐবু নুংশিবিবগীদমক্ অহুগা ঐগী জয় অমদি মিংচৎ ফংননবগীদমক্ মহারাজবু ঙাকশেন্দুনা লৈরম্মু ॥২০॥ মরম্ অহুনা মহারাজ ! ননাও ইবুংঙো অর্জ্জুননা রাহৈশিং অসি হায়রুনা মহারাজবু ঙাকশেন্দুনা লৈযু হায়না ঐঙোন্দা যাথং পীরমহুনা লালচঙখ্রিবনি ॥২১॥ কল্লবা, ধর্ম্মচেল্লবা নিংথৌ ! হৌজিক্কী মতমদা বলবাম নত্তনা অর্জ্জুনগী লাম্বা অমত জগত্ত লৈবা উত্রি ! অহুগা বুদ্ধি লৈরবা অর্জ্জুনসু দ্রোণগী লাম্বাদি সাত্যকি ঐনি হায়না থন্‌বিরি ॥২২॥ অহুনা মহারাজ ! ঐনা গুরুদেব ওইরবা অর্জ্জুননা হায়বিরম্বা রাড়বু ঐনা হীক্তোকপা ঙমদে । অসিগী মথক্তা ঐ ঈশামক্না মতম অসিদা মহারাজবু থাদোক্লীঙদে ॥২৩॥ ঐনবু মচৎখ্রবদি, অমনা ককপা-থদৎপা য়াত্রবা কবচ লীৎপা কল্লবা দ্রোণ অসিনা, মথুৎ থুরবা-শিংলবা অঙাংনা, উনা-ফিনা শাবা উচেকপু হাই হাইহুনা লংহুনা শানবহুগুম্না মহারাজবু শানপোৎতৌনা কাহুনা শানখিব তারে ॥২৪॥ অহুদা, মতম্ অসিদা মকরধ্বজ ওইবা প্রদ্যুম্ননা করিগুম্বা মহারাজগী নাক্ত লৈহৌবা থোক্লগদি ঐ মহারাজবু থাদোকতুনা চৎখিবসু ময়াবনি । মহাক্তদি অর্জ্জুনগা চপ্ মান্ননা মহারাজবু ঙাকশেন্দুনা থম্ব ঙম্‌গনি ॥২৫॥ ঐনা করিগুম্বা মহারাজবু থাদোক্তুনা চৎপা মতাঙ্গৎদি মহারাজ নশানা নশাবু ঙাক্‌শেন্দুনা চোকশিন্না লৈবিহৌবা তাই । নত্রবদি ঐনা অর্জ্জুনগী নাক্ত লৈরিঙৈ মতম্ অদুদা দ্রোণগী লাম্বা ওইবা গুম্বা করম্বা মীশক্ অমনা মহারাজবু ঙাক্‌শেন্দুনা লৈহৌগদগে ? ॥২৬॥ ফরে, অসি পুম্নমক্ থম্বিখো মহারাজ ! অর্জ্জুন-গীদমক্ত করিমত্তা কিবা-চিংনবা তৌবিরুগনু । মরম্‌দি ননাও ইবুঙো অকন্‌বা অর্জ্জুন হায়বা নিপা অসিনা করিগুম্বা থবক্ অমত্তং পাঙথোক্কে হায়না চৎখ্রদা মাড়ু পাঙথোক্কনা থক্ হল্লকপা তৌরোই ॥২৭॥ য়েক্লবগী মায়কৈদা য়াওরিবা অকন্‌বনি হায়জরিবা সৌবিরদেশগী, সিন্ধুগী

যে চ কর্ণমুখা রাজন্! রথোদারাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ। এতেঽর্জ্জুনস্য ক্রুদ্ধস্য কলাং নার্হন্তি ষোড়শীম্ ॥২৯॥
( যুগ্মকম্ )

উদ্যুক্তা পৃথিবী সর্বা সসুরাসুরমানুষা। সরাক্ষসগণা, রাজন্! সকিন্নরমহোরগা ॥৩০॥
জঙ্গমৈঃ স্থাবরৈঃ সার্দ্ধং নালং পার্থস্য সংযুগে। এবং জ্ঞাত্বা মহারাজ! ব্যেতু তে ভীর্ধনঞ্জয়ে ॥৩১॥
(যুগ্মকম্)

যত্র বীরৌ মহেষ্বাসৌ কৃষ্ণৌ সত্যপরাক্রমৌ! ন তত্র কর্ম্মণো ব্যাপৎ কথঞ্চিদপি বিদ্যতে ॥৩২॥
দৈবং কৃতাস্ত্রতাং যোগমমর্ষমপি চাহবে। কৃতজ্ঞতাং দয়াঞ্চৈব ভ্রাতুস্ত্বমনুচিন্তয় ॥৩৩॥
ময়ি চাপি সহায়ে তে গচ্ছমানেঽর্জ্জুনং প্রতি। দ্রোণে চিত্রাস্ত্রতাং সংখ্যে রাজংস্ত্বমনুচিন্তয় ॥৩৪॥ন্ত
আচার্য্যো হি ভৃশং রাজন্। নিগ্রহে তব গৃধ্যতি। প্রতিজ্ঞামাত্মনো রক্ষন্ সত্যাং কর্ত্তুঞ্চ ভারত।
কুরুষাত্মাত্মনো গুপ্তিং কস্তে গোপ্তা গতে ময়ি। যস্যাহং প্রত্যয়াৎ পার্থ। গচ্ছেয়ং ফাল্গুনং প্রতি ॥৩৬॥
নহ্যহং ত্বামনিক্ষিপ্য কৌরবেন্দ্র। মহারণে। ক্বচিদ্যাস্যামি কৌন্তেয়! সত্যমেতদ্ব্রবীমি তে ॥৩৭॥
এতদ্বিচার্য্য বহুশো বুদ্ধ্যা বুদ্ধিমতাং বর ।।

---

মথা-থংবাদেশগী অমাদি পুরুবংশগী লাম্মীশিং অচুগা মহারথী অয়াম্বনা, অসিদগী হেন্দোক্ত্না কর্ণনচিংবা কল্লে হায়রুনা লৈরবশিং অসিনা পুল্লপ্না পুনৃগ্রবস্থ মখোয়সিনা অর্জ্জ্নগী শরুক্ তরাতরুক্ থোক্লগা শরুক অমফাওবা ফংবা নত্তে ॥২৮-২৯॥ মহারাজ! লাইহিংচাবা তাইবং মী, যক্ষরক্ষগন্ধর্ব্বকিন্নর চাউর চাউরবা লিল মখোয় অসিনা থল্লবা, অচচ্চত্ত জগৎপৃম্বনা নাক্পাক্ অমদা লৈগ্রবস্থ মখোয়না অর্জ্জুনবু মায়থীবা পীবা থক্ ঙম্লোই। মহারাজ! অস্নুম হায়না খন্থবিদুনা অর্জ্জুনগী মরমদা চিংনবা থক্ তৌবিগনু ॥৩০-৩১॥ জগত্তা খ্বাইদগী কস্থোরবা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীনা লৈম্রিবা মফম্ অদুদা করিগুম্বা অরাবা থুদোংথীবা অম পোক্লোই ॥৩২॥ মহারাজ! মনাও ঈবুঙো অকন্বা অর্জ্জুনগী খুৎলায়গী বিদ্যা, লান্দহৈশিংবা; শাউরবদা হুন্দবা, তৌবিমলখওবা, থৌজাল্—অসিনচিংবা গুণশিং অসিবু নীওশিংনিযু ॥৩৩॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা সাত্যকি ঐনা মহারাজগী সহায় ওইদুনা লৈজরি। মাসিদা ঐনা মহারাজবু থাদোক্লমগুনা অর্জ্জুনগীনাক্ত চৎগ্রবদি মতম অদুদা দ্রোণনা তৌরকদবা লাল্লোং অদুস্থু মখন্থিযু ॥৩৪॥ মহারাজ! দ্রোণাচার্য্যনা মহাকী রাশকপু ভাক্কে হায়নবগীদমক্ মহারাজবু শোয়দনা অমুক্তং ফাগে হায়না খল্লি। মহাক্না মহাকী রাশক অদুবু অচুম্বা ওইহন্গদবগীস্থ হোৎনরি ॥৩৫॥ পৃথানন্দন, মহারাজ! কীভম্ অসিদা কনাদা বিশ্বাস তৌদুনা মাগী মথুত্তা মহারাজবু শিন্নরমদুনা ঐনা অর্জ্জুনগীনাক্ তাম্না চৎকদগে ভাক্পিযু? অদুনা, তৌনিংঙাই লৈতবনিনা ঐনা করিগুম্বা চংগ্রবদি, মহারাজনা মহারাজ নশাবু ঙাকৃশেন্দুনা চেকশিন্না লৈবিরৌবা তাই ॥৩৬॥ মরম অদুনা কুরুশাগৈগী অথোইবা মহারাজ! ঐনা কনাগুম্বা অমগী মথুত্ত মহারাজবু শিন্নরম্ন্ত্রিমখৈদি ঐ মহারাজবু থাদোকতুনা চৎপা ঙম্জরোই। ঐ মাসি থাগৈশেংনা হংগচ্চরবনি ॥৩৭॥ "বুদ্ধি লৈবগী অথোইবা মহারাজ।

দৃষ্ট্বা শ্রেয়ঃ পরং বুদ্ধ্যা ততো রাজন্! প্রশাধি মাম্ ॥৩৮॥

যুধিষ্ঠির উবাচ।

এবমেতন্মহাবাহো! যথা বদসি মাধব!। নহি শুধ্যতি মে ভাবঃ শ্বেতাশ্বং প্রতি মারিষ! ॥৩৯॥
করিষ্যে পরমং যত্নমাত্মনো রক্ষণং প্রতি। গচ্ছ ত্বং সমনুজ্ঞাতো যত্র যাতো ধনঞ্জয়ঃ ॥৪০॥
আত্মসংরক্ষণং সংখ্যে গমনঞ্চার্জ্জুনং প্রতি। বিচার্য্যৈতৎ স্বয়ং বুদ্ধ্যা গমনং তত্র রোচয়ে ॥৪১॥
স ত্বমাতিষ্ঠ যানায় যত্র যাতো ধনঞ্জয়ঃ। মমাপি রক্ষণং ভীমঃ করিষ্যতি মহাবলঃ ॥৪২॥
পার্ষতশ্চ সসোদর্য্যঃ পার্থিবাশ্চ মহাবলাঃ। দ্রৌপদেয়াশ্চ মাং তাত! রক্ষিষ্যন্তি ন সংশয়ঃ ॥৪৩॥
কৈকেয়া ভ্রাতরঃ পঞ্চ রাক্ষসশ্চ ঘটোৎকচঃ। বিরাটো দ্রুপদশ্চৈব শিখণ্ডী চ মহারথঃ ॥৪৪॥
ধৃষ্টকেতুশ্চ বলবান্ কুন্তিভোজশ্চ মাতুলঃ। নকুলঃ সহদেবশ্চ পাঞ্চালাঃ সৃঞ্জয়াস্তথা।
এতে মাং সহিতাস্তাত! রক্ষিষ্যন্তি ন সংশয়ঃ ॥৪৫॥ (যুগ্মকম্)
ন দ্রোণঃ সহ সৈন্যেন কৃতবর্ম্মা চ সংযুগে। সমাসাদয়িতুং শক্তো ন চ মাং ধর্ষয়িষ্যতঃ ॥৪৬॥
ধৃষ্টদ্যুম্নশ্চ সমরে দ্রোণং ক্রুদ্ধং পরন্তপ!। বারয়িষ্যতি বিক্রম্য বেলেব মকরালয়ম্ ॥৪৭॥
যত্র স্থাস্যতি সংগ্রামে পার্ষতঃ পরবীরহা। ন দ্রোণসৈন্যং বলবৎ ক্রামেত্তত্র কথঞ্চন ॥৪৮॥

---

হীরম্ পূন্নমক্ অসি মুন্না রাখল্ বিচার তৌবিরগা অসি তৌজো হায়বত্থু ঐঙোন্দা তাক্পিয়ো"—॥৩৮॥ সাত্যকিগী য়া অসি তাবদা যুধিষ্ঠিরনা অশুম্না হায়রকই—"মধুবংশগী অকন্‌বা! নহাক্না হায়রিবদো অচুম্বমক্তনি। অদুবু অর্জ্জুনগী মরমদা থম্মুবদা ঐগী পুক্নীং অসিদা পোত্থাকম লৈতে ॥৩৯॥ অদুনা ঐ ঈশানা ঈশাবু ঙাক্‌শেন্দুনা চেক্‌শিন্না লৈহৌগে, নহাক্ অর্জ্জুননা লৈরিবা মফম্ অসি তান্না চৎলো" ॥৪০॥ ঐনা ঈশাবু ঙাক্‌চত্নুনা লৈহৌবা অদুগা নহাক্না অর্জ্জুনগী মফম্‌দা থাবা—হায়রিবা অনীসিগী মতুংদা কদায়না ফবগে হায়বত্থু মুন্না পুক্নীংদা লেপ্পরগা হায়রিবনি—নহাক্না অর্জ্জুনগী নাক্তা চৎখিবনা ফয়নি ॥৪১॥ অদুনা থীল্লবু অকন্‌বা! রথ কাখৎলু অর্জ্জুনমা লৈরিবা মফম্ অসি তান্না থুনা য়াঙনা চৎল্লো। ঈনাও অকন্‌বা ভীমনা ঐবু ঙাকশেন্দুনা লৈহৌসন্নু ॥৪২॥ অসিগী মথক্তা, মনাওশিংগা লোয়নননা ধৃষ্টদ্যুম্ননা, কল্লবা অতৈ নিংথৌশিংনা অদুগা দ্রৌপদীগী মচাশিংনা ঐবু মরাইনা ঙাকশেন্দুনা লৈহৌনি। মাসিদা ফয়িমত্তা চিংনগরন্নু ॥৪৩॥ ঈবুঙো, সাত্যকি! কেকয় দেশগী অকন্‌বা মচীনমনাও মঙা, ঘটোৎকচ, বিরাট দ্রুপদ, মহারথী শিখণ্ডী, কল্লবা ধৃষ্টকেতু, মাম কুন্তিভোজ, নকুল, সহদেব, পাঞ্চালগী অকনবশিং অদুগা সৃঞ্জয়শিং—মখোয়সিনা পুল্লপা ঐবু কন্‌গনি। মাসিদা কন্নিমত চিংকম্ লৈত্রে ॥৪৪-৪৫॥ অসুম্ তৌরবদা দ্রোণ-কৃতবর্ম্মা অনী তিন্নহনসু ঐবু তরাই-তরাইনা ফাবা ঙম্লোই ॥৪৬॥ অকন্‌বা, সাত্যকি! চাংজো-তোর্ব্বান্না ঈপাকী-ঈথক্ ইপোম্মু থিংবত্থুঙম্না ধৃষ্টদ্যুম্ন মথক্তনা দ্রোণবু লায়না থিংবা ঙমগনি ॥৪৭॥ য়েক্নবা ঙম্‌গন্‌বা অকনবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা

এষ দ্রোণবিনাশায় সমুৎপন্নো হুতাশনাত্ । কবচী সশরঃ খড়্গী ধন্বী চ বরভূষণঃ ॥৪৯॥
বিস্রব্ধো গচ্ছ শৈনেয় ! মা কার্যীর্ময়ি সংভ্রমম্ । ধৃষ্টদ্যুম্নো রণে ক্রুদ্ধঃ দ্রোণমাবারয়িষ্যতি ॥৫০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সাত্যকিং প্রতি যুধিষ্ঠিরবাক্যে পঞ্চনবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

——(:০:)——

মুকত্তুনা খোঙকম্ চেৎনা লৈখিবা মকম্ অহুদা দ্রোণগী কল্লবা-য়াম্লবা লান্মীশিংসু করিমত হাইজিল্লকপা য়ারোই ॥৪৮॥ সাত্যকি ! ধৃষ্টদ্যুম্ন হায়রিবা নিপাসে দ্রোণ হাৎনবগীদমক্তা থাঙ-চুঙ্গোয় কবচনচিংবগা লোয়ননা মৈসুংদগী চোংথোরকপনি । শেৎচাগদবা নীঙথিজবা কীজোল্লগা লোয়ননা মৈরক্তগী চোংথোরকপনি খঙচু ॥৪৯॥ অদুনা সাত্যকি ! চীংনবা-নীঙঙাইবা লৈতনা চৎপ্রো । ঐগীদমক্ত করিমত খল্লরনু । ঐবু কাগে লাকপা শাউরবা দ্রোণবু ধৃষ্টদ্যুম্ননা মরাইনা ভাক্থোক্চগনি ॥৫০॥

মকম্- অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণ পর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মতুংদা সাত্যকিগী মকমদা যুধিষ্ঠিরবাক্যগী মরিফুত্তরামঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

———

# শ্রীমহাভারতম্

## ষণ্ণবতিতমোঽধ্যায়ঃ ।

### মরিফুত্তরাতরুকশুবা অধ্যায়ঃ

( জয়দ্রথবধগী মতাংদা সাত্যকিনা লাপ্তংবা )

——:(0):——

সঞ্জয় উবাচ ।

ধর্ম্মরাজস্য তদ্বচঃ নিশম্য শিনিপুঙ্গবঃ । পার্থাচ্চ ভয়মাশংসন্ পরিত্যাগান্মহীপতেঃ ॥১॥
অপবাদং হ্যাত্মনশ্চ লোকাদ্রক্ষন্ বিশেষত । ন মাং ভীত ইতি ব্রুয়ুঃ প্রয়ান্তং ফাল্গুনং প্রতি ॥২॥

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজনা ! যুধিষ্ঠিরগী ব্রা অসি তাবদা শিনিবংশগী অথোইবা ; লান্দা লাকৃঙমকাঙমদবা ; নিপা অথোইবা সাত্যকিনা—যুধিষ্ঠিরনবু থাদোকৃলমলবদি অর্জ্জুনগী য়াথংবু ঙাক্ত-বগী অর্জ্জুননা করি হায়বা, লান্দা চঙথিত্রবা মীনা কয়ামুক থীনা ভাঙমহৌগদবা,—অর্জ্জুনগী নাক্ত

নিশ্চিত্য বহুধৈবং স সাত্যকির্ম্মধুসূদনঃ। ধর্ম্মরাজমিদং বাক্যমব্রবীৎ পুরুষর্ষভ ॥৩॥ ( বিশেষকম্ )
কৃতাঞ্জলিমঞ্জসে রক্ষাং স্বস্তি তেঽস্তু বিশাংপতে।। অনুযাস্যামি বীভৎসুং করিষ্যে বচনং তব ॥৪॥
ন হি মে পাণ্ডবাৎ কশ্চিত্ত্রিষু লোকেষু বিদ্যতে। যো বৈ প্রিয়তরো রাজন্! সত্যমেতদ্ব্রবীমি তে ॥৫॥
তস্যাহং পদবীং যাস্যে সন্দেশাত্তব মানদ। ত্বৎকৃতে নহি মে কিঞ্চিদকর্ত্তব্যং কথঞ্চন ॥৬॥
যথা হি মে গুরোর্বাক্যং বিশিষ্টং দ্বিপদাং বর!। তথা তবাপি বচনং বিশিষ্টতরমেব চ ॥৭॥
প্রিয়ে হি তব বর্ত্তেতে ভ্রাতরৌ কৃষ্ণপাণ্ডবৌ। তয়োঃ প্রিয়ে স্থিতঞ্চৈব বিদ্ধি মাং রাজপুঙ্গব!॥৮॥
তবাজ্ঞাং শিরসা গৃহ্য পাণ্ডবার্থমহং প্রভো।। ভিত্ত্বেদং দুর্ভিদং সৈন্যং প্রযাস্যে নরসত্তম!॥৯॥
দ্রোণানীকং বিশাম্যেষ ক্রুদ্ধো ঝষ ইবার্ণবম্। তত্র যাস্যামি যত্রাসৌ রাজা রাজন্! জয়দ্রথঃ॥১০॥
যত্র সেনাং সমাশ্রিত্য ভীতস্তিষ্ঠতি ফাল্গুনাৎ। গুপ্তো রথবরশ্রেষ্ঠৈর্দ্রৌণিকর্ণকৃপাদিভিঃ॥১১॥
ইতস্ত্রিযোজনং মন্যে তমধ্বানং বিশাংপতে।। যত্র তিষ্ঠতি পার্থোঽসৌ জয়দ্রথবধোদ্যতঃ ॥১২॥
ত্রিযোজনগতস্যাপি তস্য যাস্যাম্যহং পদম্। আসৈন্ধববধাদ্রাজন্! সুদৃঢ়েনান্তরাত্মনা ॥১৩॥

চৎথ্রবদি কিগন্‌বা পাণ্ডবনি হায়বসিমদি কোক্কদবা—অসিনচিংবা বিষয়শিং অসি মুন্না তারত্তাম্য তৌদুনা খল্লগা যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রকই ঃ—॥১-৩॥ "করে মহারাজ! ভীমসেননচিংবা অকন্‌ব-শিংসিনা মহারাজবু শোয়দনা ঙাকৃহৌগদবা লৈরবদি য়াম্ন করে; মঙ্গল ওইসনু। ঐদি অর্জ্জুনগী নাক্ত চথ্রগে, মহারাজগী যাথং ঙাকচরগে ॥৪॥ মহারাজ! ঐ রাশক্তনা হংগচ্চরি—মরোল্‌অহুম্ অসিদা অর্জ্জুনদগী হেন্না ঐগী নুংশিজবা মীশক অমত লৈতবনি ॥৫॥ অদুনা মহারাজ। মহারাজগী য়াথং মতুং ইন্না ঐ অর্জ্জুনগী নাক্ত চচ্চবগে। মরমদি মহারাজগীদমক্তা ঐনা তৌরোই-দৌবা থবক্ অমত লৈতে ॥৬॥ নিপা অথোঙ্গবা! ঐগী গুরু ওইরবা অর্জ্জুনগী য়াথংনা ঐঙোন্দা লুনা থোকপা, তৌদবা য়াদবা অদুপ্ মহারাজগী য়াথংসু ঐঙোন্দা লুনা থোক্‌ই—চপ্‌মান্নে ॥৭॥ নিংথৌ অথোইবা! কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীমক্তা মহারাজগীথবক্ত নুমিৎচুম্ন পূক্নীং চঙহুনা লৈরিবসিগুম্ন ঐসু মখোয় অনীগী থবক্ত মতমলৈবথিবক্ত পূক্নীং চঙহুনা লৈজরিবনি হায়না খঙবিয়ু ॥৮॥ অদুনা নিংথৌ অথোইবা! মহারাজগী য়াথংবু ঈকোক্‌থোংনা পুদুনা মহাবীর অর্জ্জুননা লৈরিবা মফম অসি তান্না চচ্চথ্রগে। নমথায়বা নমথেকপা যাররোইদৌবা কৌরবলান্মীমপেবু নমথেক্তনা নৈথাইরমদুনা অর্জ্জুনগী মতেং পাংজরুগে ॥৯॥ মহারাজ! চাউরবা ঙানা সমুদ্র ঈপাক নুংদা হোচ্চিন্‌খিবগুম্ অশাউবগা লোয়ননা ঐসু কৌরবলান্মী ঈপাকনুংদা হোচ্চিন্‌জথ্রগে। জয়দ্রথনা লৈরিবা মফম্ অসিদা ঐসু চঙথ্রগনি ॥১০॥ অর্জ্জুনবু কিবদগী জয়দ্রথনা রথি অথোইবা অশ্বথামা; কর্ণ, কৃপাচার্য্যনচিংবনা ঈকোয়কোয়শিন্না মখোয়গী আশ্রয়দা লোম্ভনা লৈরি ॥১১॥ অদুগা মহারাজ! জয়দ্রথবু হাংকদবগী লুমহুনা অর্জ্জুননা লৈরিবা মফম আসি, অসিদগী য়ুথক্ অহুম্‌গী লমনি হায়না খল্লি ॥১২॥ মহারাজ! য়ুথক্ অহুমগী লমদা লৈহুনসু ঐনা য়াম্না খুৎলৈথ্‌না চ্যেকশিন্না হোচ্চিন্‌খিদুনা

অনাদিষ্টস্তু গুরুণা কো নু যুধ্যেতে মাদৃশঃ । আদিষ্টস্তু ত্বয়া রাজন্! কো ন যুধ্যেত মাদৃশঃ ॥১৪॥
অভিজানামি তং দেশং যত্র যাস্যাম্যহং প্রভো ।। বহুশক্তিগদাপ্রাসচর্ম্মখড়্গর্ষ্টি তোমরম্ ।
ইম্বস্ত্রবরসংবাধং ক্ষোভয়িষ্যে বলার্ণবম্ ॥১৫॥
যদেতৎ কুঞ্জরানীকং সহস্রমনুপশ্যসি । কুলমঞ্জনকং নাম যত্রৈতে বীর্য্যশালিনঃ ॥১৬॥
আস্থিতা বহুভির্ম্লেচ্ছৈর্যুদ্ধশৌণ্ডৈঃ প্রহারিভিঃ । নাগা মেঘনিভা রাজন্! ক্ষরন্ত ইব তোয়দাঃ ॥১৭॥
নৈতে জাতু নিবর্ত্তেরন্ প্রেষিতা হস্তিসাদিভিঃ । অন্যত্র হি বধাদেষাং নাস্তি রাজন্। পরাজয়ঃ ॥১৮॥
অথ যান্ রথিনো রাজন্। সমন্তাদনুপশ্যসি । এতে রুক্মরথা নাম রাজপুত্রা মহারথাঃ ॥১৯॥
রথেম্বস্ত্রেষু নিপুণা নাগেষু চ বিশাংপতে।। ধনুর্ব্বেদে গতাঃ পারং মুষ্টিযুদ্ধে চ কোবিদাঃ ॥২০॥
গদাযুদ্ধবিশেষজ্ঞা নিযুদ্ধকুশলাস্তথা । খড়্গপ্রহরণে যুক্তাঃ সম্পাতে চাসিচর্ম্মণোঃ ॥২১॥
শূরাশ্চ কৃতবিদ্যাশ্চ স্পর্দ্ধন্তে চ পরস্পরম্ । নিত্যঞ্চ সমরে রাজন্। বিজিগীষন্তি মানবান্ ॥২২॥
কর্ণেন বিহিতা রাজন্! দুঃশাসনমনুব্রতাঃ । এতাংস্তু বাসুদেবোঽপি রথোদারান্ প্রশংসতি ॥২৩॥

---

অর্জ্জুননা জয়দ্রথ হাত্রিঔদা ঐনা হায়া থৃংঙ্নবা হোৎনগনি ॥১৩॥ মহারাজ! অসিগুম্বা অবস্থাদা গুরুজনগী য়াথং ফংদবা মী কনানা লালচঙগদগে ? অদুগা মহারাজগুম্বা গুরুগী য়াথং ফংলগা ঐগুম্বা কনানা নীঙঙাইবা লৈতনা লাল চঙেঙাইদোবা লৈবগে ? ॥১৪॥ মহারাজ! ঐনা হৌজিক চঙঙ্-য়ৌরুগদৌরিবা মফম্ মফম্ অদুগী অবস্থা পুম্বা ঐ লোইনা খঙিঙ। হৌজিক মফম অদুদা, থাঙতা গদা য়োচ্ছ্রক্, থাঙপাক্, থাঙঅতেনবা (খুগ্রা) অসিনচিংবনা খোইরেল মশা পাইনম্নি। অসিগুম্বা লাল্লক্ত ঐনা কৌরবলাম্মী মপৈবু থুগাইহ্নুনা চঙ্খিগে ॥১৫॥ মহারাজ! য়েংবিয়ু! আদা শামুতগী মপৈন ভেঙ্গোস আম ওইনা লৈরিবা, অদুগা মাসীদা অকন্বা কয়া কয়ানা কয়া থেংনরিবা মাসে, "অঞ্জনক"হায়বা শামু লাম্মী মপৈঅদুনি ॥১৬॥ মহারাজ! শামুশিং আসিগী মথক্তা, ফুনগুনবা হৈরবা, তমখিরবা ম্লেচ্ছজাতিগী কল্লবা লাম্মী গজারোহী কয়া কয় তোংলিবনি। শামুশিং অসি মুরবা নোং মতুম মতুয়া হৈথরকপগুম তত্তনা মচুম তারি ॥১৭॥ মহারাজ! তোংলিবা লাম্মীশিং আসিনা শামুকাতী থাদুনা থৌজিল্লক্লবদা মখোয়না লালফম্দগী হন্দোকপ হায়বসিত্তদি মরৈখিত্রবনি। হাৎপনত্তনা চুম্নমায়থীহ্নুনা থনম্বনদি হল্লরোইদৌবা শামু মক্তনি ॥১৮॥ মহারাজ! অমরোমদা, আদা কল্লবারথীমক্তা উরিবসিনা কল্লবা নিংথৌমচাশিং রুক্মরথ হায়বা মখোয়তুমক্তনি ॥১৯॥ মহারাজ! মখোয় অসে শগোল শামু রথগী লান্দা য়াম্না হৈশিংলবা অদুগা ধনুর্ব্বেদদা য়াম্না চঙখোল্লবা, ওঝানাইনা তম্হ্নুনা হৈরবা মক্তনি ॥২০॥ অদুগা মখোয় অসি থোইদোক্ হেন্দোক্লা গদাগীলান্দা, পান্থোম্গী মল্লযুদ্ধগী লান্দা, থাঙ-চুঙ্গোয় পায়দুনা হাইনবদা মথুৎ লোয়বয়া হৈবয়া মক্তনি ॥২১॥ মহারাজ! মখোয়অসে, কল্লবা লালগীবিদ্যাপুম্বা হৈরবা অমগমগ শীংনদুনা লৈনরবা ওাক্তনি। মখোয়গী মমাঙদা হেক্ লাকপা মী মথৈবু জয় তৌগনি হায়না থল্লবা মখোয় মক্তনি ॥২২॥ মহারাজ! হায়রিবশিং অসিবু কর্ণনা দুঃশাসনগী মথা পোলহন্দুনা থমগ্রবনি। মখোয়অসিবু কৃষ্ণ মশামক্তা

সততং প্রিয়কামাশ্চ কর্ণস্তেতে বশে স্থিতাঃ। তস্যৈব বচনাদ্রাজন্! নিবৃত্তাঃ শ্বেতবাহনাৎ ॥২৪॥
তে ন ক্ষতা ন চ শ্রান্তা দৃঢ়াবরণকার্ম্মুকাঃ। মদর্থে বিষ্ঠিতা নুনং ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য শাসনাৎ ॥২৫॥
এতান্ প্রমথ্য সংগ্রামে প্রিয়ার্থং তব কৌরব!। প্রযাস্যামি ততঃ পশ্চাৎ পদবীং সব্যসাচিনঃ ॥২৬॥
যানেতানপরান্ রাজন্! নাগান্ সপ্তশতানিহ। প্রেক্ষসে বর্ম্মসংছন্নান্ কিরাতৈঃ সমিধিষ্ঠিতান্ ॥২৭॥
কিরাতরাজো যান্ প্রাদাদ্বিজিতঃ সব্যসাচিনা। স্বলঙ্কৃতাংস্তথা প্রেষ্যানিচ্ছন্ জীবিতমাত্মনঃ ॥২৮॥
আসন্নেতে পুরা রাজন্! তব কর্ম্মকরা দৃঢ়ম্। ত্বামেবাস্থ যুযুৎসন্তে পশ্য কালস্য পর্য্যয়ম্ ॥২৯॥
(বিশেষকম্)

এষামেতে মহামাত্রাঃ কিরতা যুদ্ধদুর্ম্মদাঃ। হস্তিশিক্ষাবিদশ্চৈব সর্বে চৈবাগ্নিযোনয়ঃ ॥৩০॥
এতে বিনির্জ্জিতাঃ সর্ব্বে সংগ্রামে সব্যসাচিনা। মদর্থমদ্য সংযত্তা দুর্য্যোধনবশানুগাঃ ॥৩১॥
এতান্ হত্বা শরৈ রাজন্! কিরাতান্ যুদ্ধদুর্ম্মদান্। সৈন্ধবস্য বধে যত্তমনুযাস্যামি পাণ্ডবম্ ॥৩২॥
যে ত্বেতে সুমহানাগা অঞ্জনস্য কুলোদ্ভবাঃ। কর্কশাশ্চ বিনীতাশ্চ প্রভিন্নকরটামুখাঃ ॥৩৩॥

---

মহারথীমক্কনি হায়না শীঙথানরিবনি ॥২৩॥ মহারাজ! মখোয় অসি সুমিৎচুম্না কর্ণগী মঙ্গল ওইবা জয় ওইবত খল্লুনা লৈরিবনি। কর্ণগী য়াথং-মখা পোন্দনা লৈরিবনা, মাগী য়াথং কংদত্নুনা হৌজিকক্ষাওবা মখোয়না অর্জ্জুনগা থেংনদ্রি ॥২৪॥ মখোয়গী মশাদা লালগী থুংগুথুংলায়না পানবগী করিগুম্বা হোগায়থিনগাইবা অমত লৈত্রি। লান্দা করিগুম্বদা মশাদা চোক্থবা রাবা কংদ্রি। অদুদগী মখোয় মখোয়গী মশাদা শেৎচারিবা কবচনচিংবসে য়াম্না কনগ্রবা উইবরা মক্কনি। মখোয় পুন্নমক মাগী মাগী লীরুংবু থুদুম চেৎনা পায়দুনা লৈনরি ॥২৫॥ কৌরবনন্দন মহারাজ, যুধিষ্ঠির! ঐ, হায়রিবা মখোয়সীবু নমথেক্কুনা নৈহংৎলমদুনা অর্জ্জুনগী নাক্ তাম্না চঙজগে ॥২৬॥ মহারাজ! মশাদা লালগী ফীজোল চ্যোক্শিন্না শেৎলবা কিরাত মক্কনা থৌরবা তোংলবা শামু চাত্রেৎ উরিবসে, অদুচৈ মহারাজ রাজসূয়যজ্ঞগী মতমদা অর্জ্জুননা মখোয়সিবু ওম্লবা মতমদা কিরাতশিংনা শামুসিং অসিবু মহারাজদা লোইপোৎ ওইনা, খুদোনপোৎ ওইনা কৎপ্রবনি। অদুবু মখোয়না হৌজিক্ দুর্য্যোধনগী পক্ষদা লৈদুনা মহারাজগী বিরুদ্ধদা শোক্নগদবগী শেমশাদুনা লৈরি। মতম্গী ঈচেল হায়বসি কয়াদ ঙকপ্রবনো? ॥২৭-২৯॥ শামুশিং অসিগী মথক্কা তোংলিবশিং অসে লান্দা লাক্ওমক্কাওম্দ্রবা কিরাত মক্কনি, তমথিরবা চীঙমান্দা লৈবা শাদানবা মক্কনি। মখোয়অসি শামুবু লাক্নবদা মহৈ তম্বিবদা লোইনা হৈরবমক্কনি। মখোয় অসি শাফূদা থৌনাদা মৈদগী চোংথোক্পগুম্ব মক্কনি ॥৩০॥ মখোয় অসি মমাঙৈদা অমুক্ অর্জ্জুনগী মখুত্তা মায়থীবা কংদুনা অর্জ্জুনগী মখা পোন্প্রবনি। অদুবু অমুক মখোয়সিনা দুর্য্যোধনগী মখা পোন্দুনা পাণ্ডবলাম্মীশিংগা থেংনগদবগী শেমশাদুনা লৈরি ॥৩১॥ অদুনা মহারাজ! মখোয় অসিবু নৈথাঈরম্লগা ঐ, জয়দ্রথ হাৎকদবগী হোৎনরিবা অর্জ্জুনগী নাক্ তাম্ন চঙজগ্রগে ॥৩২॥ মায়কৈ ঙাক্পা শামুশিংগী মতুংদা অঞ্জন হায়বা শামুদুগী ঈদগী পোক্পা, শাথিরবা, লালগী বিদ্যাপূম্বা তম্বিদুনা হৈরবা, মচুমত্তারবা, চায়রুংদগী তুমাং মরীক্

জাম্বুনদনিভৈঃ সর্বৈর্বর্মভিঃ সুবিভূষিতাঃ। লব্ধলক্ষা রণে রাজন্! ঐরাবণসমা যুধি ॥৩৪॥
উত্তরাৎ পর্বতাদেতে তীক্ষ্ণৈর্দস্যুভিরাশ্রিতাঃ। কর্কশৈঃ প্রবরৈর্যোধৈঃ কার্ষ্ণায়সতনুচ্ছদৈঃ ॥৩৫॥
( বিশেষকম্ )

সন্তি গোযোনয়শ্চাত্র সন্তি বানরযোনয়ঃ। অনেকযোনয়শ্চান্যে তথা মানুষযোনয়ঃ ॥৩৬॥
অনীকং সমবেতানাং ধূম্রবর্ণমুদীর্য্যতে। ম্লেচ্ছানাং পাপকর্তৃণাং হিমবদ্দুর্গবাসিনাম্ ॥৩৭॥
এতদ্দুর্য্যোধনো লব্ধ্বা সমগ্রং রাজমণ্ডলম্। কৃপঞ্চ সৌমদত্তিঞ্চ দ্রৌণিঞ্চ রথিনাং বরম্ ॥৩৮॥
সিন্ধুরাজং তথা কর্ণমবামন্যত পাণ্ডবান্। কৃতার্থমথ চাত্মানং মন্যতে কালচোদিতঃ ॥৩৯॥
( যুগ্মকম্ )

তে তু সর্বেহদ্য সংপ্রাপ্তা মম নারাচগোচরম্। ন বিমোক্ষ্যন্তি কৌন্তেয়! যদ্যপি স্যুর্মনোজবাঃ ॥৪০॥
তেন সম্ভাবিতা নিত্যং পরবীর্য্যোপজীবিনা। বিনাশমুপযাস্যন্তি মচ্ছরৌঘনিপীড়িতাঃ ॥৪১॥
যে ত্বেতে রথিনো রাজন্! দৃশ্যন্তে কাঞ্চনধ্বজাঃ। এতে দুর্বারণা নাম কাম্বোজা যদি তে শ্রুতাঃ ॥৪২॥

মরিক শিন্দুরবা, সনালুপা মণিমুক্তা মক্তনা হৎলবা ফীজোম্ন লৈতে লবা, লালফম্ফযাদা চঙঙ্রবা; লান্দা ঐরাবত মক্তা মান্নরবা, শামুশিং অসে হিমালয়গী চীঙখোঙদা পোকপা ওক্তনি। মখোয়সিগী মথক্তা তমথিবরা, নীংহাৎ মীশিন্বদা হানে বা লৈত্রবা, মশামক্ত ফরব উইরবা, য়োংফী লালফুংশং মক্তনা মশাপুম্বা কুপ্লবা—ডাকু-মীহাৎপ গুম্বমক্তনা লান্নী ওইনা তোংলবনি ॥৩৩-৩৫॥ মখোয়সিগী মনুংদা শন্দগী, যোংদগী, অতৈশাঙদগী অদুগা অশেংবা তাইবংমীগী ঈদগী পোকপ লাংসু য়াওরি ॥৩৬॥ * হিমালযগী চীঙলক্ত পোকপা, হিংসা-পাপগী থবক্ত তৌরবা, মৈথুমচু মাল্লবা; মুচুম্নবা ম্লেচ্ছজাতগী লাম্মীশিং অসে ঈঙাল্ ঙাম্ন উরি ॥৩৭॥ মতম্কৌবা লাইনা মাগী অমাঙবদা ঈ শুম্লক্লবা দুর্য্যোধননা মখোযসিবু অদুগা রথিঅথোইবা কৃপাচার্য্য, ভূরিশ্রবা অশ্বত্থামা অদুগা কর্ণবু ফংজদুনা পাণ্ডবশিংবু কম্নমতা উশিংখিরে, অদুগা মশাবু পোকপগী মতৈযাল্লে হায়না খল্লরে ॥৩৮-৩৯॥ কুন্তীনন্দ! মহারাজ! মখোয় অসি ঙসিদি সাত্যকি ঐগী তেনগী নিশানা তৌকম্দা মপা চপ্ চানা লৈরে। অদুনা ঙসিদি মখোয় অসে পূক্নীং হেন্না য়াঙবা, লুংশিত্তগী হেন্না শাফু কন্বা ওইজরবসু ঐগী খুত্তগীদি লাম্থোকপা য়ারোই ॥৪০॥ অতোপ্পগী পাঙ্গলগী মপাস্তোংদুনা কঞ্জবা দুর্য্যোধননা মখোয়সিবু চীরোল্ তৌদুনা পীজপীথকতুনা য়াম্না ঈকায়খুম্নবা থাম্ন। মখোয়সিবু ঐ ঙসি লোইনা ঐগী তেজ্জিন্দা তুম্হন্খ্রগে ॥৪১॥ মহারাজ! নাকল্

*টীকা ঃ—মমাঙৈদা বশিষ্ঠগা বিশ্বামিত্রগা লাম্থেংনথিবা মতম্দা বশিষ্ঠগী তপস্যাগী শক্তিনা মাগী লাম্নী ওইনা পুথোক্খিবা শলগী যোনিদা অদুগা য়েংগী গর্ভদগী তাইবংমীনা পোকহন্খিবা য়োংমকোক্ মাম্না পানবা, শল্গুম্না মরুম্-মচ পান্দবা বনমানুষ গুম্বা লাম্মী মক্তনি। মখোয় অসি চীনবান্ চাউই, মকোক্ ভুম্পাক্ তুম্মি, মক্ত খোয়, মুই, মনাতোন নম্মি।

শূরাশ্চ কৃতবিদ্যাশ্চ ধনুর্ব্বেদে চ নিষ্ঠিতাঃ। সংহতাশ্চ ভৃশং হ্যেতে অন্যোন্যস্য হিতৈষিণঃ ॥৪৩॥
অক্ষৌহিণ্যশ্চ সংরব্ধা ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য ভারত! যত্তা মদর্থং তিষ্ঠন্তি কুরুবীরাভিরক্ষিতাঃ ॥৪৪॥
অপ্রমত্তা মহারাজ মামেব প্রত্যুপস্থিতাঃ। তানহং প্রমথিষ্যামি তৃণানীব হুতাশনঃ ॥৪৫॥
তস্মাৎ সর্বাণ্যুপাসঙ্গান্ সর্ব্বোপকরণানি চ রথে কুর্ব্বন্তু মে রাজন্। যথাবদ্রথকল্পকাঃ ॥৪৬॥
অস্মিংস্তু খলু সংগ্রামে গ্রাহ্যং বিবিধমায়ুধম্। যথোপদিষ্টমাচার্য্যৈঃ কার্য্যঃ পঞ্চগুণো রথঃ ॥৪৭॥
কাম্বোজৈশ্চ সমেষ্যামি ক্রুদ্ধৈরাশীবিষোপমৈঃ। নানাশস্ত্রসমাবাপৈর্বিবিধযুদ্ধযোধিভিঃ ॥৪৮॥
কিরাতৈশ্চ সমেষ্যামি বিষকল্পৈঃ প্রহারিভিঃ। লালিতৈঃ সততং রাজ্ঞা দুর্য্যোধনহিতৈষিভিঃ ॥৪৯॥
শকৈশ্চাপি সমেষ্যামি শক্রতুল্যপরাক্রমৈঃ। অগ্নিকল্পৈর্দুরাধর্ষৈঃ প্রদীপ্তৈরিব পাবকৈঃ ॥৫০॥
তথান্যৈর্বিবিধৈর্যোধৈঃ কালকল্পৈর্দুরাসদৈঃ। সমেষ্যামি রণে রাজন্। বহুভির্যুদ্ধদুর্ম্মদৈঃ ॥৫১॥
তস্মাদ্বৈ বাজিনো মুখ্যা বিশ্রান্তাঃ শুভলক্ষণাঃ। উপাবৃত্তাশ্চ পীতাশ্চ পুনর্যুজ্যন্তু মে রথে ॥৫২॥

## সঞ্জয় উবাচ।

তস্য সর্ব্বাণ্যুপাসঙ্গান্ সর্ব্বোপকরণানি চ। রথে চাস্থাপয়দ্রাজা শস্ত্রাণি বিবিধানি চ ॥৫৩॥

---

অমরোমদা, সনাতনা শাবা ফিরাল্ থেৎপা রথদা তোংলিবা লান্মী ময়াম্সে কম্বোজদেশগী মীমক্তনি। মখোয় অসি দুর্বারণ হায়রগা খঙনৈ। মখোয়গী মমিং অসি মহারাজনস্তু মমাংঙৈদা তাবিখিবা য়াই ॥৪২॥ মখোয় অসে লান্দা হৈশিংলবা, অমগমগ থাদোক্নদবা মুংশিনবা, পুল্লপ্-পুল্লপ্ লাঞ্জংমিন্নবা জাৎমক্তনি ॥৪৩॥ ভরতনন্দন মহারাজ! দুর্য্যোধনগী অক্ষৌহিণী লান্মী মপৈ অসিনা, কুরুবংশগী কল্লবা নিংথৌশিংনা ঙাকশেন্বা ওইতুনা, সাত্যকি ঐবু ঙাইহনা লৈরি ॥৪৪॥ মহারাজ! মখোয়সিনা শঙলিবা ঙাইরিবসে ঐবুনি। অহুনা মৈনা অকংবা নাপি মপৈবু চাকথেক্পহনগুম্না ঐনা মখোয়বু মাঙহন্গনি ॥৪৫॥ অদুনা মহারাজ! রথশেমশাবহৈবশিংনা ঐগী রথবু শেম্শাহনা মতুগী মথুংদা খুৎশু খুৎলায় মখল্ মখল্ থম্না হাপ্পনবা থৌরাং তৌহন্বিরো ॥৪৬॥ খুৎলায় মখল্গুনা হাপ্কদবনি। রথশেমশাবা হৈবা পণ্ডিতশিংগী নিয়মগী মতুং ইন্না রথবু শেম্না হায়বসি মখল মঙা থোক্না খায়রি। মাতুদা গুণ মঙা লৈ ॥৪৬॥ ঙসি ঐ শাউগল্লবা, মহূ-পূরবা লিল্গী মতৌগুম্না তম্থিরবা খুৎলায় মখল্ মখল হৈরবা কাম্বোজশিং অসিগা পান্থা থেক্না শোক্নগে ॥৪৭॥ ঙসিদ ঐ, হূগী মতৌগুম্না মহীময়ায় কল্লবা; ফুনবগুনবদা হৈরবা, কিরাতকী নিংথৌনা লুচিংবা ওইরিবা দুর্য্যোধনগী অক্ষবত খল্লিবা লান্মীশিং থেংনগে ॥৪৯॥ ইন্দ্রগী মতৌগুম্না মপাঙ্গল মখোনা লৈরবা, মৈগী মতৌগুম্না লাকৎম্ ফাঙম্দবা, মৈরিথোক্ চাক্লবা মৈগী মতৌগুম্ তেজবীর্য্য লৈরবা শকশিংগস্তু থেংনগে ॥৫০॥ অদুগা মহারাজ! যমরাজগী মতৌগুম্না অকিবগী মশকফংনা শাথিরবা, লান্দা লাকঙম্ফাঙমদ্রবা অকন্বলিশিং লিশিংনা ঐগা থেংনগদৌরিবনি ॥৫১॥ অহনা, কুইনা পোথারবা, ঈশিং পীথক্লবা, কোয়চৎ চৎহন্দুনা মশা তেকখৎহল্লবা শগোলশিং অহু অমুক রথদা পান্শিলহনবিয়ু ॥৫২॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—অসিগী তুংদা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা সাত্যকিগী রথ অহু শেমশাহল্লে, থাঙতা লীকং তেল্লচিংবা

ততস্তান্ সর্ব্বতো যুক্তান্ সদশ্বাংশ্চতুরো জনাঃ। রসবৎ পায়য়ামাসুঃ পানং মদসমীরণম্ ॥৫৪॥
পীতোপবৃত্তান্ স্নাতাংশ্চ জগ্ধান্নান্ সমলঙ্কৃতান্। বিনীতশল্যাংস্তুরগাংশ্চতুরো হেমমালিনঃ ॥৫৫॥
তাংস্তদা রূপ্যবর্ণাভান্ বিনীতান্ শীঘ্রগামিনঃ। সংহৃষ্টমনসোঽব্যগ্রান্ বিধিবৎ কল্পিতে রথে ॥৫৬॥
মহাধ্বজেন সিংহেন হেমকেশরমালিনা। সংবৃতে কেতকৈর্হৈমৈর্মণিবিদ্রুমচিত্রিতৈঃ ॥৫৭॥
পাণ্ডুরাভ্রপ্রকাশাভিঃ পতাকাভিরলঙ্কৃতে। হেমদণ্ডোচ্ছ্রিতচ্ছত্রে বহুশস্ত্রপরিচ্ছদে।
যোজয়ামাস বিধিবদ্ধেমভাণ্ডবিভূষিতান্ ॥৫৮॥ ( কলাপকম্ )
দারুকস্যানুজো ভ্রাতা সূতস্তস্য প্রিয়ঃ সখা। ন্যবেদয়দ্রথং যুক্তং বাসবস্যেব মাতলিঃ ॥৫৯॥
ততঃ স্নাতঃ শুচির্ভূত্বা কৃতকৌতুকমঙ্গলঃ। স্নাতকানাং সহস্রস্য স্বর্ণনিষ্কানথো দদৌ ॥৬০॥
আশীর্ব্বাদৈঃ পরিষ্বক্তঃ সাত্যকিঃ শ্রীমতাং বরঃ। ততঃ স মধুপর্কার্হঃ পীত্বা কৈরাতকং মধু ॥৬১॥
লোহিতাক্ষো বভৌ তত্র মদবিহ্বললোচনঃ। আলভ্য বীরকাংস্যঞ্চ হর্ষেণ মহতান্বিতঃ ॥৬২॥
( যুগ্মকম্ )

---

থুংলায় মথল্ মথল্ হাপকৎহল্লে ॥৫৩॥ অসিগী তুংদা মনায়শিংনা মশা তেকখৎলবা, মতীক চানা পোখাহল্লবা, অচাথক্ পুম্বা মরাং কায়না পীজপীথক্লবা শগোলশিং অদুদা লান্দা হন্দনবা ময়াই কাননবা চীঞ্জাক্ মথল্ মথল্ পীজরে ॥৫৪॥ মতম অদুদা, লূপাগী মতোগুম্ ঙৌরবা; কজনা তম্বিহনা হৈরবা, মখোঙয়াংলবা; সনরীক্ পরেংশিরবা, তপ্লবা মবুদ্ধি লৈরবা, ঈশিং পীংক্লবা; ঈকোয় কোয়না চেলহল্লবা, নীঙথিনা ইরু মায়থজবিরবা শগোলশিংঅদুবু মীনায়শিংনা শজীক্ পীজহনা লান্দগী চৈনাপুম্বা কোব্হল্লে, মপূরীং তেক্‌থৎহল্লে। অদুদগী শগোল পান্‌শিন্‌বা হৈরবা মীনায়শিংনা লৈতেং মথল মথল্লা তিল্লবা শগোলশিং অদু সাত্যকিগী রথদা পানাশিল্লে। রথঅদুগী মথক্ত রাং চাউরবা ফীরাল অদু য়ুংথৎলি। ফিরাল অদুগী মথক্তা সনাতনা শাবা মশোং পান্‌বা নোংশাগী মূর্ত্তি অদু হাপ্‌কৎলি। মাণমুক্তা পোহাম্লচিংবনা থাম্লবা-য়েক্‌থোৎলবা কেতকী লৈশিংতনা রথ অদু পূমকূপ্ কূপ্‌শিল্লি। ঈশিংগী শরুক্ য়াওদ্রবা ঙৌরবা নোংগী মচু মাল্লবা ফিরাল মচামচাশিং অদু রথ অদুগী অকোয়বদা আম্বারীনচিংবদা পূমথল্‌থম্লা থেৎচিল্লি। সনাগী মখোক্ পান্‌বা ঙৌরবা পে অম রথ অদুগী মথক্ত খান্‌গৎলি। রথ অদুদা ফিরোল্ মথল্ মথল্ হাপ্‌চিল্লি ॥৫৫-৫৮॥ অদুগী তুংদা রথ শেম্‌শাবা লোইরগা ইন্দ্রগী সারথি সাত্যকিনা ইন্দ্রদা হংগৎলকপগুম্ কৃষ্ণগী সারথি দারুককী মনাও নিপা হৈরবা সারথিনা সাত্যকিদা রথ শেম্‌শাবা লোইরে হায়না নোম্লক্লা তাক্লরে ॥৫৯॥ মতম অদুদা সাত্যকিস্থ স্নাননচিংবা লোইদুনা ফিশোং শেৎতুনা, ব্রাহ্মণশিংদা সনালুপা ফিরোননচিংবা দান তৌরে ॥৬০॥ অদুগী তুংদা অকন্‌বা অমগী গুণ লক্ষণ পুম্বনা তিল্লবা, লান্মীগী গুণ চেল্লবা খিবিকী মনুংদা অথোইবা ওইরবা, সাত্যকি অসি ব্রাহ্মণশিংদগী আশীর্ব্বাদ অমদি বরদান ফংহুনা খোইহিগা য়াম্লবা ঈশিং অমদি কিরাতদেশদা শাবা-শুংলবা ময়াইকাবা মহী অদু থক্লগা; মমীৎ অদু ঈ মুক ঙাঙহনা, হুরাউ মুংঙাইবনা মথোই কাম্বনা, অকন্‌বা মীনা তৌগদবা

দ্বিগুণীকৃততেজাঃ স প্রজ্বলন্নিবা পাবকঃ। উৎলঙ্কে ধনুরাদায় সশরং রথিনাং বরঃ॥৬৩॥
কৃতস্বস্ত্যয়নো বিপ্রৈঃ কবচী সমলঙ্কৃতঃ। লাজৈর্গন্ধৈস্তথা মাল্যৈঃ কন্যাভিরভিনন্দিতঃ॥৬৪॥
যুধিষ্ঠিরস্য চরণৌ প্রণম্য চ কৃতাঞ্জলিঃ। তেন মূর্দ্ধন্যুপাঘ্রাত আরুরোহ মহারথম্॥৬৫॥

( বিশেষকম্ )

ততস্তে বাজিনো হৃষ্টাঃ সুপুষ্টা বাতরংহসঃ। অজয্যা জৈত্রমুহূর্তং বিকুর্ব্বাণাঃ স্ম সৈন্ধবাঃ॥৬৬॥
তথৈব ভীমসেনোঽপি ধর্ম্মরাজেন পূজিতঃ। প্রায়াৎ সাত্যকিনা সার্দ্ধমভিবাদ্য যুধিষ্ঠিরম্॥৬৭॥
তৌ দৃষ্ট্বা প্রবিবিক্ষন্তৌ তব সৈন্যমরিন্দমৌ। সংযত্তাস্তাবকাঃ সর্ব্বে তস্থুর্দ্রোণপুরোগমাঃ॥৬৮॥
সন্নদ্ধমনুগচ্ছন্তং দৃষ্ট্বা ভীমং স সাত্যকিঃ। অভিনন্দ্যাব্রবীদ্বীরস্তদা হর্ষকরং বচঃ॥৬৯॥
অথ হর্ষপরীতাঙ্গঃ সাত্যকির্ভীমমব্রবীৎ। ত্বং ভীম! রক্ষ রাজানমেতৎ কার্য্যতমং হি তে॥৭০॥
অহং ভিত্ত্বা প্রবেক্ষ্যামি কালপক্বমিদং বলম্। আয়ত্যাঞ্চ তদাত্বে চ শ্রেয়ো রাজ্ঞোঽভিরক্ষণম্॥৭১॥

---

থবক পূম্বা তৌরগা শেঙ্গেং অমদি মিংশেন্নচিংবা মঙ্গলগী পোচৈ পূম্বা শোক্নুনা-রেংহুনা থোইনা ময়াইকাবা ফজবা হায়বন্থু ওইখ্রে॥৬১-৬২॥ মতম্ অসিদা মহাকী তেজবীর্য্য অসি হান্নদগী শরুক অনী হেনগৎখরে। মৈগী মতৌগুম্না মশেক্ মঙাম্ন পূলং লংখ্রে। ব্রাহ্মণশিংনা মঙ্গলাচরণ স্বস্ত্যয়ননচিংবা তৌখ্রে। কন্যাশিংনা কবোক্ অকাবা; হৈলৈ ধূপদীপনচিংবা মঙ্গলগী পোচৈ শিংনা সাত্যকিবু ওকখি অমদি চাইশিন্‌খি। অসিগুম্বা অবস্থাদা কবচলীংলবা লৈতেংপূম্বনা তিল্লবা, রথি অথোইবা সাত্যকি অসি নাকন্দা লীরুং তেল্ চেৎনা কোন্দুনা মথুৎ লোয়রহুনা যুধিষ্ঠিরগী মাঙ্দা চপ্ লেপ্পি! যুধিষ্ঠিরনা সাত্যকিগী মকোক্তা নাল্লি, মনম্ নম্মি; অদুদগী সাত্যকি অসি মরায়বক্ কত্নুনা রথ মথক্তা কাথৎলি॥৬৩-৬৫॥ অদুগী তুংদা মশামউ নোয়পেল্লবা, মুংশিৎকী মমাঙথানা চেল্লবা, অমনা পাক্ লাকচবা ঙম্ফত্রবা, সিন্ধুদেশদা পোক্রবা শগোলশিং অদুনা মাগী মাগী মরিল্ ফুদোক্নুনা রথমথক্ত তোংলিবা সাত্যকিবু—লালকম্লোমদা পুশিল্লকলে ॥৬৬॥ অদুগী তুংদা ভীমসেনসু যুধিষ্ঠিরনা তরাম্ তরাম্ তৌবিরবা তুংদা মহাক্সুং যুধিষ্ঠিরদা নোল্লুরা খুৎয়্নগা সাত্যকিগী মতুং ইনখ্রে॥৬৭॥ মহারাজ! কল্লবা ভীমসেননা তুংইন্নরবা সাত্যকিনা চঙশিল্লকপসি উবদা অমদি কৌরব লান্মী পুম্নমকপু নৈথাইরম্নগা লালক্ত চঙখি-গদবহু উবদা দ্রোণগী মাঙথানা লৈরিবা কৌরবলান্মী পুম্নমক্না সাত্যকিবু থিংগদবগী হোৎনখি ॥৬৮॥ তুংলোমদা লালগী শেম্শারবা ভীমসেননা ইল্লরকপদু উবদা সাত্যকিনা হরাউনুংঙাবগা কোয়ননা ভীমদা অসুম্না হায়রকই—॥৬৯॥ "পাণ্ডব য়ায়মবা অকন্বা! অকন্বা নহাক্কি নয়াক্সুং মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু ঙাক্শেন্দুনা লৈহৌনা। মাহুনা অকনবা নহাকী অথোইবা নথৌনি" ॥৭০॥ মতম্না য়ারকত্রহুনা মথক্ত মুন্দুনা কেক্তুরগদবা কৌরব লান্মী মপৈ অসি নৈথাইরম্হুনা ঐনা অর্জ্জুনগী নাক্ত চঙখিনি। অদুনা মতম অসিদা নিংথৌবু ঙাক্শেন্দুনা লৈব হায়বসি অকনবা

জানীষে মম বীর্য্যং ত্বং তব চাহমরিন্দম।। তস্মাদ্ভীম! নিবর্ত্তস্ব মম চেদিচ্ছসি প্রিয়ম্ ॥৭২॥
তথোক্তঃ সাত্যকিং প্রাহ ব্রজ ত্বং কার্য্যসিদ্ধয়ে। অহং রাজ্ঞঃ করিষ্যামি রক্ষাং পুরুষসত্তম।॥৭৩॥
এবমুক্তঃ প্রত্যুবাচ ভীমসেনং স মাধবঃ। গচ্ছ গচ্ছ দ্রুতং পার্থ! ধ্রুবোঽদ্য বিজয়ো মম ॥৭৪॥
যন্মে স্নিগ্ধোঽনুরক্তশ্চ ত্বমদ্য বশগঃ স্থিতঃ। নিমিত্তানি চ ধন্যানি যথা ভীম! বদন্তি মে ॥৭৫॥
নিহতে সৈন্ধবে পাপে পাণ্ডবেন মহাত্মনা। পরিষ্বজিষ্যে রাজানং ধর্ম্মাত্মানং ন সংশয়ঃ ॥৭৬॥
এতাবদুক্ত্বা ভীমন্তু বিসৃজ্য চ মহামনাঃ। সংপ্রৈক্ষত্তাবকং সৈন্যং ব্যাঘ্রো মৃগগণানিব ॥৭৭॥
তং দৃষ্ট্বা প্রবিবিক্ষন্তং সৈন্যং তব জনাধিপ।। ভূয় এবাভবন্মূঢ়ং সুভৃশঞ্চাপ্যকম্পত ॥৭৮॥
ততঃ প্রয়াতঃ সহসা সৈন্যং তব স সাত্যকিঃ। দিদৃক্ষুরর্জ্জুনং রাজন্! ধর্ম্মরাজস্য শাসনাৎ ॥৭৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সাত্যকিপ্রবেশে যন্নবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

নহাক্কী অমত ওইবা নথৌনি। মাহুনা হৌজিক্কী অমদি তুংগীসু মঙ্গল ওইগনি ॥৭১॥ য়েরুবা ভম্বা, পাণ্ডব য়ায়মবা! অকনবা নংনা ঐগী শক্তিবু মুন্না খঙবিবগুন্না সাত্যকি ঐনসু অকনবা নহাক্কী শক্তিবু মুন্না খঙজে। অদুনা ঐবু নুংশিবিরবদি নিংথৌ শঙদুনা লৈহো অসিদগী হনবিহৌরো ॥৭২॥ সাত্যকিনা অসুম্না হায়রবদা ভীমসেননা সাত্যকিদা অসুম্না হায়রকই "নিপা অথোইবা! করে অদুম তাকপিরবদি ঐ য়াম্মুং নিংথৌবু ঙাকশেন্দুনা লৈজহৌরগে কেওনিরো" ॥৭৩॥ ভীমনা অসুম্না হায়রবদা সাত্যকিনাহায় অকনবা! লৈবিহৌরো, লৈবিহৌরো। থুনা য়াঙনা নিংথৌগী নাক্তা য়ৌবিরো। ঐ চৎলে ঐগী জয় শোয়দনা ওইগনি ॥৭৪॥ "ঐনা জয় ওইগনি হায়বগী প্রমাণদি পণ্ডবয়ায়মবা, অকনবা! ভসি অকনবা নহাক্কা ঐবু নুংশিবিদুনা ঐগী ঈথাপোন্দুনা ঐনা হায়বা ইল্লিবসিমক্কা অদুগা মসিগা লোয়না লোয়নন মঙ্গলগী থুদম অমদি লক্ষণমক্ত ঐগী থমোয়দা অমদি ঈশাদ ফাওরি ॥৭৫॥ "মহাত্মা ওইরবা অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎলগা ঐগা লাকমিন্নদুনা ঐনা ধর্ম্মরাজবু আলিঙ্গন তৌজরগনি। মসিদা করিমত্ত চিংনফম লৈতে" ॥৭৬॥ রাহৈ অসিকাওবত হায়রগা ভীমবু বিদায় তৌরমলগা সাত্যকি অসি কৈন শজীশাঙাই মপৈরোমদা মীৎ থানা মতীনয়োম্তুনা য়েংশিল্লকপা তুগুম্না কৌরবলাম্মী মপৈরোমদা য়েংশিল্লকই ॥৭৭॥ মহারাজ! অদুদগীদি সাত্যকিনা ফুজিল্লকদবা মস্তা অদু উবদা মহারাজগী নচাহিবুঙোগী কৌরবলাম্মী পুন্নমক্ক ঈপাপাখৎপ্রে কিবনা থক্ থক্ নীক্ষখি ॥৭৮॥ মহারাজ! অদুদগীদি সাত্যকি অসি নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগী য়াথং মতুং ইন্না অর্জ্জুনগী নাক্ত য়ৌগদবগী কৌরবলাম্মী মপৈরোমদা চেলশিল্লকই ॥৭৯॥

মক্কম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্বদা জয়দ্রথবধগীমমুংদা সাত্যকিপ্রবেশগী মরিফুতরতরুকগুবা অধ্যায় লোইরে ॥ × ॥ × ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তনবতিতমোঽধ্যায়ঃ।

মরিফুতরাতরুকশুবা অধ্যায়

( সাত্যকিনা লাপ্পুংবগী মতাং )

——ঃ-০-ঃ——

### সঞ্জয় উবাচ।

প্রয়াতে তব সৈন্যস্তু যুযুধানে যুযুৎসয়া। ধর্ম্মরাজো মহারাজ! স্বেনানীকেন সংবৃতঃ।
প্রায়াদ্দ্রোণরথং প্রেপ্সুর্যুযুধানস্য পৃষ্ঠতঃ ॥১॥
ততঃ পাঞ্চালরাজস্য পুত্রঃ সংগ্রামদুর্ম্মদঃ। প্রাক্রোশৎ পাণ্ডবানীকে বসুদানশ্চ পার্থিবঃ ॥২॥
আগচ্ছত প্রহরত দ্রুতং বিপরিধাবত। যথা সুখেন গচ্ছেত সাত্যকির্যুদ্ধদুর্ম্মদঃ ॥৩॥
মহারথা হি বহবো যতিষ্যন্তেঽস্য নির্জয়ে। ইতি ব্রুবন্তো বেগেন নিপেতুস্তে মহারথাঃ ॥৪॥
বয়ং প্রতিজিগীষন্তস্তত্র তান্ সমভিদ্রুতাঃ। ততঃ শব্দো মহানাসীদ্যুযুধানরথং প্রতি ॥৫॥
প্রকম্প্যমানা মহতী তব পুত্রস্য বাহিনী। সাত্বতেন মহাবাহো। শতধাভিব্যদীর্য্যত ॥৬॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! সাত্যকিনা কৌরবলাম্মীশিংগা থেংনগে হায়দুনা লালকমদা
চঙপ্রবদা, যুধিষ্ঠিরস্থ মহাক্না খোঙলোয় লাম্মীপুম্নমক্না পুমকোয় কোয়শিন্দুনা দ্রোণগী রথ অদুকাওবা
চঙশিন্গে থন্দুনা সাত্যকিগী তুং ওইরগা। অদুম্ চঙশিন্খ্রে ॥১॥ অদুগীতুংদা লান্দালাকৃডম্ ফাঙমদ্রেবা
ধৃষ্টদ্যুম্ন অমদি বসুদান কৌবা অকনবা নিংথৌনা পাণ্ডবলাম্মীশিং মরক্তা অস্তুম্না লাউরকই ॥২॥
ময়াম্ পুম্নমক্ চঙশিবিরকূউ। থুনায়াঙনা চেনশিনবিরকউ! খুৎলায়না থাবা লংবা হৌবিয়ো!
অস্তুম্ তৌরবদি কম্থৌরবা সাত্যকিনস্থ ঈকোম্ কোম্না কৌরবলাম্মীশিং মবক্তা চঙথিবা য়াগনি।”
॥৩॥ “নত্রবদি কৌরব মহারথী অয়াম্বনা সত্যাকিবু মায়থীবা পীননবগী অমদি থিংননবগী
হোৎনরখিনি।” অসি হায়না লাউরলাউরদুনা পাণ্ডবলাম্মী পুম্নমক্না কৌববলাম্মীশীংগী মথক্তা আক্রমণ
কম্না তৌশিল্লকলে ॥৪॥ মহারাজ! অঙদগী কৌববলাম্মী মথৈস্থ মখোয়বু থিংগে হায়দুনা মখোয়বোমদা
চেল্শিল্লকলে ॥৫॥ মহারাজ! সাত্যকিগী মতীকমঙণ অমদি মাগী মথৌনাগী থবক্ অদু উবদা
মহারাজগী কৌরবলাম্মী পুম্নমক্ কিবনা থক্ থক্ নীরখি। অদুক পাকচাউপ্রবা কৌরবলাম্মী

তস্যাং বিদীর্য্যমাণায়াং শিনেঃ পৌত্রো মহারথঃ। সপ্ত বীরান্ মহেষ্বাসানগ্রানীকে ব্যপোথয়ৎ ॥৭॥
তথান্যানপি রাজেন্দ্র। নানাজনপদেশ্বরান্। শরৈরনলসঙ্কাশৈর্নিন্যে বীরান্ যমক্ষয়ম্ ॥৮॥
শতমেকেন বিব্যাধ শতেনৈকঞ্চ পত্রিণাম্। দ্বিপারোহান্ দ্বিপাংশ্চৈব হয়ারোহান্ হয়াংস্তথা।
রথিনঃ সাশ্বসূতাংশ্চ জঘনেশঃ পশুনিব ॥৯॥
তং তথাদ্ভুতকর্ম্মাণং শরসম্পাতবর্ষিণম্। ন কেচনাভ্যধাবন্ বৈ সাত্যকিং তব সৈনিকাঃ ॥১০॥
তে ভীতা মৃদ্যমানাশ্চ প্রমৃষ্টা দীর্ঘবাহুনা। আয়োধনং জহুর্বীরা দৃষ্ট্বা তমতিপৌরুষম্ ॥১১॥
তমেকং বহুধাপশ্যন্ মোহিতাস্তস্য তেজসা। সংগ্রামকোবিদং বীরং বিচরন্তমভীতবৎ ॥১২॥
রথৈর্বিমথিতাক্ষৈশ্চ ভগ্নানীড়ৈশ্চ মারিষ।। চক্রৈর্বিমথিতৈশ্ছিন্নৈর্ধ্বজৈশ্চ বিনিপাতিতৈঃ ॥১৩॥
অনুকর্ষৈঃ পতাকাভিঃ শিরস্ত্রাণৈশ্চ কাঞ্চনৈঃ। বাহুভিশ্চন্দনাদিগ্ধৈঃ সাঙ্গদৈশ্চ বিশাংপতে। ॥১৪॥
হস্তিহস্তোপমৈশ্চাপি ভুজগাভোগসন্নিভৈঃ। উরুভিঃ পৃথিবী চ্ছন্না মনুজানাং নরোত্তম। ॥১৫॥
( বিশেষকম্ )

---

মপৈঅদু মচেৎ তরা থোক্লা কায়দুনা চেন্নরে ॥৬॥ কৌরবলাম্মীশিংনা কায়দনাচেন্নরকপা মতাং অসিদা সাত্যকিনা কৌরবতেঙ্গোল্লোমগী অকনবা মহারথি তরেৎপু হাৎখি ॥৭॥ মহারাজ! সাত্যকিনা মৈগীতেনগা মান্নরবা তেলমক্তা কাপশিল্লক্নুনা কৌরবপক্ষদা য়াওবা দেশদেশগী অকনবা নিংথৌ কয়া কয়া যমালয়দা থাখি ॥৮॥ সাত্যকিমা তেল অমত্তনা লাম্মী চামবু অদুগা মতমদুমক্তদা তেল চামচামনা লাম্মী অমমম্‌তদা থাখি। রুদ্রনা প্রলয়গী মতম্‌দা জীবপানবা পুম্নমকপু মীকুপমীকুপ্ত মাঙতল্লকপদুগুম্না সাত্যকিনা কৌরবপক্ষগী শামুশিং অমদি শামুতোংবালাম্মীশিংবু অদুগা শগোলশিং অমদি শগোলতোংবা লাম্মীশিংবু অদুগা শগোলশারথিগা লোয়নননা রথিলিশিংলিশিংবু অমুকমুক্ত হাৎপা হৌরক্লে ॥৯॥ মহারাজ! কৌরবলাম্মী কনা অমতা অঙকপা থবক তৌরবা, তেম্না নোংচুবগুম চুথগল্লক্রবা সাত্যকিগী নাক্তা চঙশিনবা হোচ্ছিল্লুবা ঙমদ্রে ॥১০॥ মপান্থোম্ চাউ শাংলবা, কল্লবা সাত্যকিনা মতোঅস্তুম্না নৈখায়রকৃপাসি উবদা অদুগা মহাক্তী মরিলমথৌনা নিপাথোকৃপা গুণশিং অসি উবদা কৌরবপক্ষগী অয়াম্বা লাম্মী অকনবা সাত্যকিবু উবদা লালকম থাদোক্তনা চেন্নরকলে ॥১১॥ সাত্যকিগী তেজবীর্য্য অদু উবদা শুম্‌হৎলবা কৌরবলাম্মীশিংনা লান্দাহৈশিংলবা অঙকপকংনা থেংনবহৈরবা সাত্যকিবু মঙং তোঙালতোঙানবদা চামচাম লিশিং লিশিং থোক্লা উনখি ॥১২॥ ঈকায়থুম্নবগী মশক ওইরবা মহারাজ! ঙতাক লৈরগা, নৈহৎথ্রব খোঙথুং, মচেৎমচেৎ তানা তেক্লবা কায়রবা রথ, লৈনুংদা তংখাই অমফুমজিনথ্রবা রথগীচাকা, মতেকমতেক তেক্লবা ফিরাল, রথগী শাংল শাংলবা চাকলেল, ফিরাল্ মতেক মতেক, সনামণিমুক্তা হুৎলবা কোয়েৎ-লুহুপ, তালনচিংবা লৈতেং য়াওরবা চন্দন তৈরবা শাংল শাংলবা লাম্মীশিংগী পাম্বোম্, শামুগী নাতোল মাল্লবা চাউশাংলবা ফৈগল খোঙ, শাংলবা লিলমানবা খোঙ পাম্বোম্ মখোয় অসিগত্তনা লালকম্ অদু

শশাঙ্কসন্নিকাশৈশ্চ বদনৈশ্চারুকুণ্ডলৈঃ। পতিতৈর্ব্বিভাক্ষাণাং ভাতি ভারত। মেদিনী ॥১৬॥
গজৈশ্চ বহুধা ছিন্নৈঃ পর্বতোপমৈঃ। রাজাতিভূগং ভূমির্বিকর্ণৈরিব পর্ব্বতৈঃ ॥১৭॥
তপনীয়ময়ৈর্যোক্ত্রৈর্মুক্তাজালবিভূষিতৈঃ। উরশ্ছদৈর্বিচিত্রৈশ্চ ব্যশোভন্ত তুরঙ্গমাঃ।
গতসত্ত্বা মহীং প্রাপ্য প্রমৃষ্টা দীর্ঘবাহুনা ॥১৮॥
নানাবিধানি সৈন্যানি তব হত্বা তু সাত্যকিঃ। প্রবিষ্টস্তাবকং সৈন্যং দ্রাবয়িত্বা চমূং ভৃশম্ ॥১৯॥
ততস্তেনৈব মার্গেণ যেন যাতো ধনঞ্জয়ঃ। ইয়েষ সাত্যকির্গন্তুং ততো দ্রোণেন বারিতঃ ॥২০॥
ভারদ্বাজং সমাসাদ্য যুযুধানস্তু মারিষ। নাত্যবর্ত্তত সংক্রুদ্ধো বেলামিব জলাশয়ঃ ॥২১॥
নিবার্য্য তু রণে দ্রোণো যুযুধানং মহারথম্। বিব্যাধ নিশিতৈর্বাণৈঃ পঞ্চভির্মর্ম্মভেদিভিঃ ॥২২॥
সাত্যকিস্তু রণে দ্রোণং রাজন্। বিব্যাধ সপ্তভিঃ। হেমপুঙ্খৈঃ শিলাধৌতৈঃ কঙ্কবর্হিণবাজিতৈঃ ॥২৩॥
তং ষড়্ভিঃ সায়কৈর্দ্রোণঃ সাশ্বযন্তারমার্পয়ৎ। স তং ন মমৃষে দ্রোণং যুযুধানো মহারথঃ ॥২৪॥
সিংহনাদং ততঃ কৃত্বা দ্রোণং বিব্যাধ সাত্যকিঃ। দশভিঃ সায়কৈশ্চান্যৈঃ ষড়্ভিরষ্টাভিরেব চ ॥২৫॥
যুযুধানঃ পুনর্দ্রোণং বিব্যাধ দশভিঃ শরৈঃ। একেন সারথিঞ্চাস্য চতুর্ভিশ্চতুরো হয়ান্।
ধ্বজমেকেন বাণেন বিব্যাধ যুধি মারিষ। ॥২৬॥

---

থুরক হাওদনা কূপখ্রে ॥১৩-১৫॥ ভরতনন্দন মহারাজ! শল্লাবগী মমীৎকুম লাওরবা মীৎনা লৈতেংগু ওইবা, থাগী মতৌগুম্ ফজরবা, কুণ্ডল নাইমা থোইন নীঙথিজরবা মায়থোং পুবা কোককি মপৈশিং অদুনা লালফম লৈমায়থক অদুগী থোইনা ফজবা অম ওইখ্রে ॥১৬॥ চীঙ-চীঙমুক চাউরবা, মখোঙ মনাতোন্নচিংবা ককথ্রবা, লালফমদা তুমিন্না তাদুনা লৈরিবা মুরবা শামুশিং অদুনা লালফম অদুবু ফজহনবা লৈতেং ওইনা থোকখ্রে ॥১৭॥ মহারাজ! মপান্থোম চাউশাংলবা কল্লবা সাত্যকিনা নৈরকপদা মথরাই পারবা মগুকশমদা মথাদা মনাকোংদা মণিমুক্তা থান্নবা লৈতেং কয়া য়াওরবা, শাবন থবাকয়েৎ জাৎ জাৎনা থোইনা নীঙথিজরবা শগোলশীং অদুনা লালফম্ অদুগী থোইনা নীঙথিজবা অম ওইখ্রে ॥১৮॥ মতৌ অসুম্না সাত্যকিনা কৌরবলান্মীময়াম্বু নৈথাইরম্নগা, অর্জ্জুনগী মনাক্তা য়োৌগে থন্দুনা লালফম্ মনুংদা চঙশিনখ্রে ॥১৯॥ অর্জ্জুননা চঙশিনখিবা লীকলম অদু কায়দনা চঙশিল্লকপা সাত্যকি অসিবু দ্রোণনা কন্না মরক্তা থিংদুনা থমখ্রে ॥২০॥ ঈকায় থুম্নবগী মশক ওইরবা নিংথৌ। পুথ্রী অমদি সমুদ্রনা মাগী মপান চাংজোবু লাম্থোকপা ভমদবদুগুম্না শাউরবা সাত্যকিনস্থ দ্রোণগী মপা লাম্থোক্তুনা চৎপা ঙম্থিদ্রে ॥২১॥ অদুগী তুংদা মহারথী দ্রোণনা সাত্যকিবু থিংদুনা থম্মোয়-কাম্নবা য়াবা ক্ষুরমচিন শাবা থোৌরবা তেল মঙানা সাত্যকিদা কন্না থাখি ॥২২॥ মহারাজ! মতম অদুদা সাত্যকিনস্থ সনানা তেন্কোক পানবা, য়োথ্নৌনা মথৌ শঙলবা য়েন্দুনা অমদি রাহোং মতুনা তেন্না পানবা থোৌরবা তেল তরেৎ শত্তুনা দ্রোণদা কন্না থাখি ॥২৩॥ দ্রোণনা মতম অদুদা তেল তরুক্কা সাত্যকিদ', শগোল মরিদা অদুগা মাগী সারথিদা থাখি মতম অদুদা সাত্যকি অসি দ্রোণবু ব্রাহ্মণ হায়বগী অমদি অর্জ্জুনগী গুরুনি হায়বগী য়েংবা তৌদ্রে ॥২৪॥ মহাক্লা সিংহনাদ কন্না লাউরগা অহানবদা তেল্ তরানা অদুদগী তরুক্কা অদুদগী অমুক

ততঃ দ্রোণঃ সাশ্বযন্তারং সরথধ্বজমাশুগৈঃ। ছাদয়ন্ প্রাচ্ছাদয়দ্বাণৈঃ শলভানামিব ব্রজৈঃ ॥২৭॥
তথৈব যুযুধানোঽপি দ্রোণং বহুভিরাশুগৈঃ। প্রাচ্ছাদয়দসংভ্রান্তং ততো দ্রোণ উবাচ তম্ ॥২৮॥
তবাচার্য্যো রণং হিত্বা গতঃ কাপুরুষো যথা। যুধ্যমানং হি মাং হিত্বা প্রদক্ষিণমবর্ত্তত ॥২৯॥
ত্বং হি মে যুধ্যতো নাস্ত জীবন্ মোক্ষ্যসি মাধব।। যদি মাং ত্বং রণে হিত্বা ন যাস্যাচার্য্যবদ্দ্রুতম্ ॥৩০॥

## সাত্যকিবারুচ।

ধনঞ্জয়স্য পদবীং ধর্ম্মরাজস্য শাসনাৎ।
গচ্ছামি স্বস্তি তে ব্রহ্মন্। ন মে কালাত্যয়ো ভবেৎ ॥৩১॥
আচার্য্যানুগতো মার্গঃ শিষ্যৈরন্বিষ্যতে সদা। তস্মাদেব ব্রজাম্যাশু যথা মে স গুরুর্গতঃ ॥৩২॥

## সঞ্জয় উবাচ।

এতাবদুক্ত্বা শৈনেয় আচার্য্যং পরিবর্জয়ন্। প্রয়াতঃ সহসা রাজন্। সারথিঞ্চেদমব্রবীৎ ॥৩৩॥
দ্রোণঃ করিষ্যতে যত্নং সর্বথা মম বারণে। যত্তো যাহি রণে সূত শৃণু চেদং বচো মম ॥৩৪॥
এতদালোক্যতে সৈন্যমাবন্ত্যানাং মহাপ্রভম্। অস্যানন্তরমেতচ্চ দাক্ষিণাত্যং মহদ্বলম্ ॥৩৫॥

---

নিপান্না থংন থংনা দ্রোণদা থারক্লে ॥২৫॥ মহারাজ। অদুদগী অমুকস্মু সাত্যকিনা তেলতরানা দ্রোণদা থারগা অমনা সারাথদা মরিনা দ্রোণগী শগোল মরিদা থারগা থোরবা তেল অমনা কিরান্দা থাখি ॥২৬॥ মতম অদুদা দ্রোণনা য়াম্না খুংলৈ থূনা, কৌজেং হায়ৌ মপৈ মপৈ পাই-শিল্লকপগী মতৌগুম্নবা তেলগী মপৈমপৈ কাপশিল্লক্‌না শগোল সারথিরথগা লোয়ননা সাত্যকিবু মশক উদমখৈ তেম্না পুমযোম য়োমথ্রে ॥২৮॥ মতৌঅসিগুম্না সাত্যকিনসু দ্রোণবু অদুগুম্বা মাগী সারথি শগোল অমদি রথবু তেম্বনা পুমযোম য়োমহনখ্রে। মতম অদুদা দ্রোণনা সাত্যকিদা অসুম্না হায়রকই ॥২৯॥ "সাত্যকি। নংগী গুরুনি হায়রিবা অর্জ্জুন হায়বদুনা য়ুম্নবা পাণ্ডবরবা অমগী মতোগুম্না ঐবু নাকল অমদা থনম্মগা নাকোয়দা য়েৎলোমদ, থৈদুনা লাম্মুংদা চঙখি" ॥২৯॥ "সাত্যাক। নংগী মীচেল গুরু অর্জ্জুন গুম্না নহাকসু ঐঙোন্দগী লাম্হোকখিদুনা চেঞ্জখিদ্রবদি গুসিগী সুমিত্তা নহাক্‌পু হিংন হিংনদি ঐ লালকম্ মনুংদা চঙহল্লোই" ॥৩০॥ সাত্যকিনা হায় :— "ব্রাহ্মণ। ঐ ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী যাথংদগী অর্জ্জুনগী নাকতাম্না চৎলিবনি। মঙ্গল ওইসনু। ঐঅসিগ্নাইদা কুইনা পন্থদুনা লৈবয়াদে ॥৩১॥ শিষ্য হায়বসিনা মতম পুম্বদা গুরুগী খোঙ্গুল লীনৈ। অদুনা ঐগী গুরুদেব অর্জ্জুননা লৈরিবা মকম অদু তাম্না ঐ চৎকে" ॥৩২॥ সঞ্জয়না হায় :— মহারাজ। সাত্যকিমা অসুম্না খজিক্তং হায়রম্লগা দ্রোণাচার্য্যবু য়েৎলোইননা থনম্মগা দ্রোণ থাদোক্লম-দুনা থুনা য়াঙনা চথোরকলে অদুগা সারথিদা অসুম্না হায়রকই ॥৩৩॥ সারথি। দ্রোণনা ঐবু থিংনবগী দমক য়াম্না কম্না হোৎনরক্লনি। অদুনা ঐনা হায়বা তাও রথ অসি থূনা য়াঙনা থো ॥৩৪॥ মতীক মঙণ চাওরবা অবন্তিদেশগী লাম্মী মক্ত উয়ে। অদুগী তুংদা দক্ষিণাত্যগী পাক চাউরবা

তদনন্তরমেতচ্চ বাহ্লীকানাং মহদ্বলম্ ।
বহ্লীকাভ্যাসতো যুক্তং কর্ণস্যাপি মহদ্বলম্ ॥৩৬॥
অন্যোন্যেন চ সৈন্যানি ভিন্নান্যেতানি সারথে ।
অন্যোন্যং সমুপাশ্রিত্য ন ত্যক্ষ্যন্তি রণাজিরম্ ॥৩৭॥
এতদন্তরমাসাদ্য চোদয়াশ্বান্ প্রহৃষ্টবৎ ।
মধ্যমং জবমাস্থায় বহ মামত্র সারথে ॥৩৮॥
বাহ্লীকা যত্র দৃশ্যন্তে নানাপ্রহরণোদ্যতাঃ ।
দাক্ষিণাত্যাশ্চ বহবঃ সূতপুত্রপুরোগমাঃ ॥৩৯॥
হস্ত্যশ্বরথসংবাধং যত্রানীকং বিলোক্যতে ।
নানাদেশসমুত্থৈশ্চ পদাতিভিরধিষ্ঠিতম্ ॥৪০॥
( বিশেষকম্ )

এতাবদুক্ত্বা যন্তারং ব্রাহ্মণং পরিবর্জ্জয়ন্ ।
ব্যতিচক্রাম দুর্দ্ধর্ষং কর্ণস্য সুমহদ্বলম্ ॥৪১॥
তং দ্রোণোঽভ্যযযৌ ক্রুদ্ধো বিকিরন্ বিশিখান্ বহূন্ ।
যুযুধানং মহাবাহুং গচ্ছন্তমনিবর্ত্তিনম্ ॥৪২॥
কর্ণস্য সৈন্যং সুমহদভিহত্য শিতৈঃ শরৈঃ ।
প্রাবিশদ্ভারতীং সেনামসংখ্যেয়াং স সাত্যকিঃ ॥৪৩॥
প্রবিষ্টে যুযুধানে তু সৈনিকেষু দ্রুতেষু চ ।
অমর্ষী কৃতবর্ম্মা তু সাত্যকিং পর্য্যবারয়ৎ ॥৪৪॥
তমাপতন্তং বিশিখৈঃ ষড়্ভিরাহত্য সাত্যকিঃ ।
চতুর্ভিশ্চতুরোঽস্যাশ্বানাজঘানাশু বীর্য্যবান্ ॥৪৫॥
ততঃ পুনঃ ষোড়শভির্নতপর্ব্বভিরাশুগৈঃ ।
সাত্যকিঃ কৃতবর্ম্মাণং প্রত্যবিধ্যৎ স্তনান্তরে ॥৪৬॥
স তুদ্যমানো বিশিখৈর্বহুভিস্তিগ্মতেজনৈঃ ।
সাত্বতেন মহারাজ ! কৃতবর্ম্মা ন চক্ষমে ॥৪৭॥

---

লান্মী মপৈ লৈরে ॥৩৫॥ অদুগা, আছু ! নাকল অমরোম্দা পাকচাউরবা বাহ্লীকদেশগী লান্মী মপৈঙ্‌ক্ক লৈরে। মাসিগী নাক্ মক্তদা কর্ণগী পাক্চাউরবা লান্মী তেঙ্গোল মপৈ অমা লৈরি ॥৩৬॥ সারথি ! হায়রিবা লান্মী মপৈশিং অসে অমগমগ ক্রক্-ক্রক্ ঈন্না তেঙ্গোল্ল শাহনা লৈগ্রবনিনা মখোয় অসি লালকম্ অসি থাদোক্ক্‌না চৎপ্রবোই ॥৩৭॥ সারথি ! মখোয় অসিবু থাদোক্লমহনা চৎখিবা য়াম্নরোই ; অহনা রথ অসি লৈরিবা লান্মী মপৈশিং অসি তম্ন থৌজিল্লু। কর্ণনা লুচিংবা ওইরবা বাহ্লীক অমদি দক্ষিনাত্যগী লান্মী ময়ামসে আদা লৈরে। লান্মী মপৈ অসিগী মনুংদা শগোলশামু রথ খোঙমীনা পীক থম্না লৈবা উরি। ময়াম ওইবা খোঙচত্ত রথ অসিবু মখোয় অসি তম্না থৌজিল্ল" ॥৩৮-৪০॥ সাত্যকিনা সারথিদা মসিমখৈ হায়রগা দ্রোণবু নাকল্ অমরোম্দা থাদোক্লগা, নীঙগায়রবালৈতনা কর্ণগী লান্মী মপৈনা লৈরিবা অদোমদা থ্‌না য়াঙনা চঙশিনখি ॥৪১॥ অদুদগীদি দ্রোণন্থ শাউমনপ্রহনা তেলমপৈমপৈ কাপশিল্লক্ক্‌না অমুক মমায় ওনশিল্লকত্রবা সাত্যকিগী মতুংদা তাম্নরকই ॥৪২॥ আসোমদদি সাত্যকি ওসি কর্ণগী লান্মী মপৈ অত্ত জয় তৌরম্নগা কৌরব লান্মী মরক্তা চঙশিনখ্রে। অদুদগী কৌরব লান্মী মপৈ অহুবু সাত্যকিনা নৈবা হৌরক্‌লে ॥৪৩॥ সাত্যকিনা চঙশিল্লক্পসিদা কৌরব লান্মী পুম্নমক্না কায়হনা চেল্লবদা, কৃতবর্ম্মানা য়াম্না শাউনা সাত্যকিবু খিংখি ॥৪৪॥ কৃতবর্ম্মানা চঙশিল্লকপসিদা সাত্যকিনা থৌম্নবা তেল তরুক্কা মঙোন্দা থারম্মগা তেল মবিনা মাগী শাগোন্দা থাখি ॥৪৫॥ অদুদগী অমুকন্থ সাত্যকিনা তেল তরাতরুক্কা কৃতবর্ম্মাগী মথবাক্তা কম্না থাখি ॥৪৬॥ মহারাজ ! সাত্যকিনা কম্না চৈনাখোল্ল পীরকপসিদা কৃতবর্ম্মা অসি শাউবনা থাঙহনা লৈবা য়ামক্তে ॥৪৭॥

স বৎসদন্তং সন্ধায় জিহ্মাগানলসন্নিভম্। আকৃষ্য রাজন্নাকর্ণং বিব্যাধোরসি সাত্যকিম্ ॥৪৮॥
স তস্য দেহাবরণং ভিত্ত্বা দেহঞ্চ সায়কঃ। সপত্রপুঙ্খঃ পৃথিবীং বিবেশ রুধিরোক্ষিতঃ ॥৪৯॥
অথাস্য বহুভির্বাণৈরচ্ছিনৎ পরমাস্ত্রবিৎ। সমার্গণগণং রাজন্! কৃতবর্ম্মা শরাসনম্ ॥৫০॥
বিব্যাধ চ রণে রাজন্। সাত্যকিং সত্যবিক্রমম্। দশভির্বিশিখৈস্তীক্ষ্ণৈরভিক্রুদ্ধঃ স্তনান্তরে ॥৫১॥
ততঃ প্রশীর্ণে ধনুষি শক্ত্যা শক্তিমতাং বরঃ। আর্দ্দয়দ্দক্ষিণং বাহুং সাত্যকিঃ কৃতবর্ম্মণঃ ॥৫২॥
ততোহন্যৎ সুদৃঢ়ং বীরো ধনুরাদায় সাত্যকিঃ। ব্যসৃজদ্বিশিখাংস্তূর্ণং শতশোঽথ সহস্রশঃ।
সরথং কৃতবর্ম্মাণং সমন্তাৎ পর্য্যবারয়ৎ ॥৫৩॥
তে শরাঃ সাত্বতেনাস্তাঃ কৃতবর্ম্মাণমাহবে। ছাদয়াঞ্চক্রিরে ব্যক্তং শলভা ইব যোষিণঃ ॥৫৪॥
ছাদয়িত্বা রণে রাজন্। হার্দ্দিক্যং স তু সাত্যকিঃ। অথাস্য ভল্লেন সারথেঃ সমকৃন্তত ॥৫৫॥
স পপাত হতঃ সূতো হার্দ্দিক্যস্য মহারথাৎ। ততস্তে যন্তরি হতে প্রাদ্রবংস্তুরগা ভৃশম্ ॥৫৬॥
অথ ভোজস্তু সংভ্রান্তো নিগৃহ্য তুরগান্ স্বয়ম্। তস্থৌ শরধনুষ্পাণিস্তৎ সৈন্যান্যভ্যপূজয়ন্ ॥৫৭॥
স মুহূর্ত্তমিবাশ্বস্য সদশ্বান্ সমচোদয়ৎ। ব্যপেতভীরমিত্রাণামাবহৎ সুমহদ্ভয়ম্।
সাত্যকিশ্চাভ্যযাত্তস্মাৎ স তু ভীমমুপাদ্রবৎ ॥৫৮॥

---

মহারাজ। কৃতবর্ম্মানা বৎসদন্ত কৌবা লিলগী মতৌগুম্ মহূপূরবা মৈগুম্না তেজলৈরবা তেল অমনা লীরৌবু নাকোং য়ৌনা কন্না চিংলগা সাত্যকিগী থজীন্দা থাখি ॥৪৮॥ তেল অদুনা সাত্যকিগী লাল ফুরিত্তগী ফাওদৎখিত্নুনা সাত্যকিগী মথবাক্কী ঈ চুপ্লগা হকচাংদগী ফাওদোকখিত্নুনা লৈনুংদা থুম্না চণ্ডখি ॥৪৯॥ মহারাজ। অদুদগী লাল হৈরবা, খুৎলায় মথল মথল হৈরবা কৃতবর্ম্মানা তেল মপৈ অমা কাপশিন্নক্তুনা তেলগা লোয়ননরবা সাত্যকিগী লীকং অদুবু ককথৎখি ॥৫০॥ মহারাজ। থোইনা শাউরবা কৃতবর্ম্মানা অমুকস্থু পৌরব। তেল্ তরাথক্ শৎতুনা সাত্যকিগী মথবাক্ত কন্না থাখি ॥৫১॥ লীক‍ কব্থ্রনা তু দা সাত্যকিনা শংজন লংলবা তা অমা পাযথত্তুনা কৃতবর্ম্মাগী য়েথ বা পাম্বোম মরুদা কন্ন থাখি ॥৫২॥ মরক অদুদা সাত্যকিনা অতোপ্পা লীরুং অম পায়খত্তুনা তেল লিশিং লিশিং কাপশিল্লকতুনা রথ [illegible] কৃতবর্ম্মাবু তেল্লা পুময়োম য়োমখ্রে।৫৩॥ কে জে হারো মপৈ মপৈনা পাইশিল্লকতুনা উ পাম্বী অমগী মনামশামত্ত অমত্তা উদমখৈ কুপ্‌শিন্‌খিবত্নুগুম্ সাত্যকিগী লীক দগী পাইথোরকপা তেল মপৈ মপৈ অদুনা কৃতবর্ম্মাবু মশক্ উদমখৈ কুপ্‌শিন্‌খ্রে ॥৫৪॥ মহারাজ। অদুদগী সাত্যকিনা তা মচিন্‌শাবা তেল অম কাপশিল্লকতুনা কৃতবর্ম্মাগী সারথিগী মঙক্ অদু ককখি ॥৫৫॥ সারথি অদুনা মঙক ম্যাওদনা লৈবাক্ত তাগ্রবত্নদা কৃতবর্ম্মাগী রথগী শগোলশিং মখি অসি বগদু হুন্দোকপমতুনা কন্না চেন্‌খ্রে ॥৫৬॥ অদুগুম্বা অবস্থাদা কৃতবর্ম্মানা শগোলশিং অদুবু খামাজল্লগা মথুত্তা লীক, তেল পায়দুনা লালকম্‌দা চপ লেপ্তুনা লৈখি। মাদু উবদা লান্মী মযাম্না মহাকপু থোক্তদোক্লা থাগৎখি ॥৫৭॥ অদুদগী মহাক্না শগোলশিং অদুবু রথদা অমুক পাল্‌শিল্লগা কাবমত অকিবনৈতনা রথ মথক্ অদুদা কাথৎতুনা য়েক্কবশিংগী মমাংত্তা অকিবা অদকপা পোকহনখ। সাত্যকিনা কৃতবর্ম্মা হুন্দোক্লমদুনা

যুযুধানোঽপি রাজেন্দ্র ! ভোজানীকাদ্বিনিঃসৃতঃ । প্রযযৌ ত্বরিতো যত্র কাম্বোজানাং মহাচমূঃ ॥৫৯॥
স তত্র বহুভিঃ শূরৈঃ সন্নিরুদ্ধো মহারথৈঃ । ন চচাল তদা রাজন্ ! সাত্যকিঃ সত্যবিক্রমঃ ॥৬০॥
সন্ধায় চ চমূং দ্রোণো ভোজরাজং নিবেশ্য চ । অভ্যধাবদ্রণে যত্তো যুযুধানং যুযুৎসয়া ॥৬১॥
তথা তমনুধাবন্তং যুযুধানস্য পৃষ্ঠতঃ । ন্যবারয়ন্ সুসংক্রুদ্ধাঃ পাণ্ডুসৈন্যে বৃহত্তমাঃ ॥৬২॥
সমাসাদ্য তু হার্দ্দিক্যং রথানাং প্রবরং রথম্ । পাঞ্চালা বিগতোৎসাহা ভীমসেনপুরোগমাঃ ।
বিক্রম্য বারিতা রাজন্ ! বীরেণ কৃতবর্ম্মণা ॥৬৩॥
যতমানাংশ্চ তান্ সর্ব্বানীষদ্বিগতচেতসঃ । অভিতস্তান্ শরৌঘেণ ক্লান্তবাহানবারয়ৎ ॥৬৪॥
নিগৃহীতাস্তু ভোজেন ভোজানীকেপ্সবো রণে । অতিষ্ঠন্নার্য্যবদ্বীরাঃ প্রার্থয়ন্তো মহদ্যশঃ ॥৬৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সাত্যকিপ্রবেশে সপ্তনবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

চৎথরবতু অদুদা কৃতবর্ম্মা অসি ভীমসেননা লৈরিবা মায়গৈ অদোম্‌দা অশাউবগা লোয়ননা কুজল্লকই ॥৫৮॥ মহারাজগী আসোমদা সাত্যকি অসি ভোজগী লান্মী মপৈ অদুদগী লাম্ভোক্‌খিদুনা কম্বোজগী লান্মী মপৈনা লৈরিবা অদোমদা চঙশিনখি ॥৫৯॥ মহারাজ ! ম চ-দা লৈরম্বা লান্মী মপৈ অদুনা য়াম্মন্‌থিব সাত্যকি অসি মতুদগী লাম্ভোক্‌নু চৎথিবা ॥৬০॥ আসোম্‌দা দ্রোণনা, সাত্যকিনা চাইথাইরম্বা লান্মীশিং অদু অমুক্ খোমজিন্দুনা অদুগা মকম অদুদা কৃতবর্ম্মাবু থম্মদুনা সাত্যকিগা যেনগে হায়দুনা সাত্যকিগী মতুংদা তাম্নরকই ॥৬১॥ মহাক্না মত্তৌ অসুম্না সাত্যকিবু তাম্নরক্লবদা পাণ্ডবলান্মীশিংনা অশাউবগা লোয়ননা দ্রোণবু থিংবা হৌরক্লে ॥৬২॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা পাঞ্চাললান্মীশিংনা ভীমসেনবু মাঙথাহন্দুনা রথি অথোইবা কৃতবর্ম্মাগী নাক্ত থুংভরবা মতম্ আসদা কৃতবর্ম্মানা মাগী অঙম্বা শক্তিনা মখোয়বু থিংবদা পাঞ্চাল লান্মীশিং আস নৌংবা কায়রক্লে, হঙ্গানরক্লে ॥৬৩॥ পাঞ্চাললান্মীশিংনা চোক্‌থরক্লবা মতম্‌সদা মখোয়গী শগোল শামুনচিংবা বাহনশিং অদুসু মহৈ মহৈ য়াম্না চোক্‌থনরক্লে। অদু ওইনমক, মখোয়না কৃতবর্ম্মাবু জয় তৌগদবগী কন্না ফুজিল্লকলে। কৃতবর্ম্মাসু মখোয়বু তেন্‌মপৈ মপৈনা থিংবা হৌরক্লে ॥৬৪॥ পাণ্ডবপক্ষগী লান্মীশিংনা লান্দা লেঙদবা মিংচৎ কংনিংবনা ভোজগী লান্মী পুম্নকপু জয় তৌগে হায়দুনা চঙশিল্লুবদু কৃতবর্ম্মানা কন্না থিংমনখিবনা হাইজিন্‌বা য়াদদুনা চপ্ লেপতুনা লৈখি ॥৬৫॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মতুংদা সাত্যকি প্রবেশগী মরিফুতরাতয়েৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টনবতিতমোঽধ্যায়ঃ।

### মরিফুত্তরানিপালশুবা অধ্যায়

(জয়দ্রথবধগী মনুংদা ধৃতরাষ্ট্রগা সঞ্জয়গা ওাওনবা)

—:•:—

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

এবং বহুগুণং সৈন্যমেবং প্রবিদিতং বলম্। ব্যুঢ়মেবং যথান্যায়মেবং বহু চ সঞ্জয়! ॥১॥
নিত্যং পূজিতমস্মাভিরভিকামঞ্চ নঃ সদা। প্রৌঢ়মত্যদ্ভুতাকারং পুরস্তাদ্দৃষ্টবিক্রমম্ ॥২॥
নাতিবৃদ্ধং ন বা বালং ন কৃশং নাতিপীবরম্। বৃত্তায়তলঘুপ্রায়াং সারমাত্রমনাময়ম্ ॥৩॥
আত্তসন্নাহসম্পন্নং বহুশস্ত্রপরিচ্ছদম্। শস্ত্রগ্রহণবিদ্যাসু বহ্বীষু পবিনিষ্ঠিতম্ ॥৪॥
আরোহে পর্য্যবস্কন্দে সরণে সান্তরপ্লুতে। সম্যক্প্রহরণে যানে ব পযানে চ কোবিদম্ ॥৫॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! ঐগী ঈচাশিংগী ফল্নীদ পৃত্তুমচাশিংগী লান্মীশিংদগী মশীং য়াম্বা হেল্লিবনি। জ্ঞানদা গুণদা শক্তিদসু পৌবাফল্মীশিনা ফেহ্নি হায়বদি শ্বাইনা খঙ্গনা লৈরবনি। অদুগা নিয়ম কায়দা বেহু শহুনসু সেম্রবনি ॥১॥ এখোয়না কোববপক্কদা য়াওরিবা অকন্বা নিংথৌলাম্মীশিং অসপু ভম্জবা শরং মতিবচানা সন্মান তৌহ্নুনা পান্নি। অদুগা মখোয়নসু ঐখোয়বু লুনা কিনা মতৌরিবান। ওদুগ চাযারিবা মশাখ অসিদি মশকমতৌদা, তৌবওম্বা পাঙ্গদা অওবপ ফংন লোরিবনি। ম-থায়গী মপাঙ্গল মখোনাগী থবক কয়াসু উত্রবনি ॥২॥ ঐগী পক্কদ য়াওরিবা লাম্মীশং অসাদ অয়াম্বনা য়াম্না অহল্ ওইবা অদুগা য়াম নহাওইবসু নত্তে। যম লেওবতমদ মটে। …য়বসু নত্তে, য়াম্না ময়াও্ কংবসু নত্তে। মখোয় অসি অয়াম্বনা মশানউকবা; মশা থাংবা মঙ্গনি। মখোয়গীমরক্ত অশোনবা অমত্তসু য়াওদে ॥৩॥ নিংথৌগী পুকৈদগী লনথুম্ অচাঅথক্ ফিরোল্ মতীকচানা চানা কংহনা লৈরিবা ওাক্নি। মখোয় অয়াম্বা লালগী খুৎলয় মথল মখলশুনা কংলবনি। লালগী বিদ্যাদসু চওখোয়বা মঙ্গনি ॥৪॥ অয়াংবা কাবদা, কুম্ফরপদা চওশিন্বদা, চোংশিন্বা চোংখোরকপদা মখোয় অয়াম্বা

নাগেষশ্বেষু বহুশো রথেষু চ পরিক্ষিতম্। পরীক্ষ্য চ যথান্যায়ং বেতনেনোপপাদিতম্ ॥৬॥
ন গোষ্ঠ্যা নোপকারেণ ন সম্বন্ধনিমিত্ততঃ। নানাহূতং নাপ্যভৃতং মম সৈন্যং বভূব হ ॥৭॥
কুলীনার্য্যজনোপেতং তুষ্টপুষ্টমনুদ্ধতম্। কৃতমানোপচারঞ্চ যশস্বি চ মনস্বি চ ॥৮॥
সচিবৈশ্চাপরৈর্মুখ্যৈর্বহুভিঃ পুণ্যকর্ম্মভিঃ। লোকপালোপমৈস্তাত। পালিতং নরসত্তমৈঃ ॥৯॥
বহুভিঃ পার্থিবৈগুপ্তমস্মৎপ্রিয়চিকীর্ষুভিঃ। অস্মানভিসৃতৈঃ কামাৎ সবলৈঃ সপদানুগৈঃ॥১০॥
মহোদধিমিবাপূর্ণমাপগাভিঃ সমন্ততঃ। অপক্ষৈঃ পক্ষিসঙ্কাশৈ রথৈরশ্বৈশ্চ সংবৃতম্ ॥১১॥
প্রভিন্নকরটৈশ্চৈব দ্বিরদৈরাবৃতং মহৎ। যদহন্যত মে সৈন্যং কিমন্যদ্ভাগধেয়তঃ ॥১২॥ ( কুলকম্ )
যোধাক্ষয্যজলং ভীমং বাহনোর্ম্মিতরঙ্গিণম্। ক্ষেপণ্যসিগদাশক্তিশরপ্রাসঝষাকুলম্ ॥১৩॥
ধ্বজভূষণসংবাধং রত্নোৎপলসুসঞ্চিতম্। বাহনৈরভিধাবদ্ভির্ব্বায়ুবেগেন কম্পিতম্ ॥১৪॥

---

হৈশিংলবমক্তনি ॥৫॥ শগোল্ শামু তোংখৎপা কুম্থবদা মখোয়গী হৈশিংবা মথুৎ লোয়নবস্ত কয়ারক হন্না উগ্রবা ঙাক্তনি। মখোয় মখোয়গী বিদ্যাদা পরীক্ষা মুন্না লৌহুনা মনামথেল্, থাগী অচাশেল (তলব) মতম চানা পীহুনা থম্লিবা ঙাক্লি ॥৬॥ তৌবা ঙম্বা লম্হেনবা য়ু থক্পা ময়ায় কাবনি হায়দুনা নত্রগা ঐখোয়গী বাড়ীসম্বন্ধ পোকই হায়দুনা মখোয়বু পরীক্ষা ইতৌতৌদনা অমদি তলব ঈপীপীজদনা থম্বা অমত য়াওবা নত্তে ॥৭॥ ঈবুংঙো সঞ্জয়! ঐখোয়গী লান্মীশিংদি অমমম্না নোয়পেল্লবা, মবুক্চেলথোৎলবা, মরুলুক্পা, মিংচৎ চাউরবা, রাখল্লৈবা, মক্তনি। মখোয়গী মরক্ত অয়াম্বনা অচৌবা শাগৈদা পোক্পা মক্তনি। মখোয়গী সেবালাংবা অমদি মতীক্ চানা সম্মান তৌড়ুনা থম্লিবা ঙাক্লি ধর্ম্মচেল্লবা, মহৈমশিং মতীক্ মগুণদা অথোইবা, মায়গৈঙাক্পা লাইগুম্বা মন্ত্রীমক্তনা মখোয়বু হীরম পূন্নমক্ত রাস্তপাদনা য়োক্থাকতুনা থম্থ্রবা ঙাক্তনি। ঐখোয়গী অক্ষবত তৌনিংবা, মাগী মাগী লান্মীশিংগা লোয়ননা লাক্লবা নিংথৌশিংনা মখোয়বু ঙাক্শেন্দুনা লৈরিবনি। মায়গৈ মায়গৈদগী চেল্লকপা তুরেনশিংনা সমুদ্র-ঈশাকৃত তিল্লবগুম্ মখোয়পুম্বঃ ঐগী রাজ্যদা পুল্লরবনি। য়াঙলবা শগোলশিংনা, রথ মখল মথল্লা চোন্না পানা লৈরম্বা মকৃতনি। মখোয় অমমমগী মচুম্ তারবা শামুমকৃতনা পীক্ পীক্ থম্না লৈখিবমকৃতনি। অহুবু সঞ্জয়! অহুগুম্বা মখোয়শিং অয়াম্বহু য়েক্রবনা হাংথ্রে হায়বসি তাবদা সংসারদা মরায়বকৃত তমগ্রবা—হায়বসিনা মকল্লে, চায়বসি ঐনা খল্লি। মরায়বকৃত তমখিহুনা শিখিবা নত্তনা করিমরম্ অম হায়নীঙঙায় লৈবগে? ॥৮-১২॥

সঞ্জয়! ঐগী লান্মী তেঙ্গোলদি ঈপাকী মতৌগুম্না লৈরম্বনি। লান্মীশিংনা ঈপাক অহুগী ঈশিংগুম্না লৈরম্বনি। শগোল শামুরথনচিংবা বাহনশিংনা ঈথকী মশক ওইরম্বনি। লীরুংতেল গদা থাঙ-তা নচিংবনা ঈপাক্তুগী ঙা-ঙাঅমমমগী মতৌগুম্ লৈরম্বনি। ঈপাক অহুগী মনুংদা লৈবা মণিমুক্তা পোহাজনচিংবা লান্মীশিংগী মশাদা শেৎচম্বিবা লৈতেংশিং অহুনা ওইরম্বনি। শগোলশামু

দ্রোণপাতালগম্ভীরং কৃতবর্ম্মমহাহ্রদম্। জলসন্ধমহাগ্রাহং কর্ণচন্দ্রোদয়োদ্ধতম্ ॥ ১৫ ॥
গতে সৈন্যার্ণবং ভিত্ত্বা তরসা পাণ্ডবর্ষভে। সঞ্জয়ৈকরথেনৈব যুযুধানে চ মামকম্ ॥ ১৬ ॥
তত্র শেষং ন পশ্যামি প্রবিষ্টে সব্যসাচিনি। সাত্বতে চ রথোদারে মম সৈন্যস্য সঞ্জয়! ॥ ১৭ ॥
(কুলকম্)

তৌ তত্র সমতিক্রান্তৌ দৃষ্ট্বা ভীমৌ তরস্বিনৌ। সিন্ধুরাজঞ্চ সংপ্রেক্ষ্য গাণ্ডীবস্যেষুগোচরে ॥১৮॥
কিং তদা কুরবঃ কৃত্যং বিদধুঃ কালচোদিতাঃ। দারুণৈকায়নে কালে কথং বা প্রতিপেদিরে ॥১৯॥
(যুগ্মকম্)

গ্রস্তান্ হি কৌরবান্ মন্যে মৃত্যুনা তাত! সংযুগে। বিক্রমেহপি রণে তেষাং ন তথা দৃশ্যতেহদ্য বৈ ॥২০॥
অক্ষতৌ সংযুগে তত্র প্রবিষ্টৌ কৃষ্ণপাণ্ডবৌ। ন চ বারয়িতা কশ্চিত্তয়োরস্তীহ সঞ্জয়! ॥২১॥
ভৃতাশ্চ বহবো যোধাঃ পরীক্ষ্যৈব মহারথাঃ। বেতনেন যথাযোগং প্রিয়বাদেন চাপরে ॥২২॥
অসৎকারভৃতস্তাত! মম সৈন্যে ন বিদ্যতে। কর্ম্মণা হ্যনুরূপেণ লভ্যতে ভক্তবেতনম্ ॥২৩॥

বথনচিবনা লেঙঙক ওল্লকৃপত্থনা মুংশিৎনা ফুবদা ইপোম্ হৌরবা তেঙ্গোল ঈপাক্ ওইরম্বনি। সমুদ্রগী লৈখানা ঈথক ইপোম্না ফুবদা লেঙবা ওৎপা য়াওদ্রবা অত্থুগুম্না কৌরব লান্মী মপৈ অত্থুগী লৈখা-পাতালনা দ্রোণাচার্য্যনা ওইরম্বনি। কৃতবর্ম্মানা চাউরবা, সাগরমক্কী মিংথোল কংবায়ারবা পোৎ অমগী মশক্ ওইদুনা লৈরম্বনি। জলসন্ধ হাযবা মহারথী অদুনা ঈশিংদা লৈবা চাওরবা ভাঅমগী মশক্কি। মপূংফারবা থাগী মতৌগুম্রবা কর্ণনা হেকথোরকপদা অদুক পাকচাউখ্রবা কৌরব তেঙ্গোল্ ঈপাক অদু ঈথক হৌথিবনি। সঞ্জয়! অর্জ্জুনগা সাত্যকিগা অনীনা রথঅমমমদা তোংদুনা ঈপাক্নুম্ পাক্চাউরবা কৌরব লান্মী মপৈবু থিন্গাইদুনা চঙশিল্লকৃপসিদা ঐগী ঈচাশিংগী লান্মীশিং থর লৈরিবশিংদুম্ব অমত থাক্তনা তুম্থ্রনি হাযনা ঐনা থল্লি ॥১৩ ১৭॥ অকিবগী মশক্ক ওইরবা থোক্টনাকল্লবা অর্জ্জুন অমদি সাত্যকিনা থুংওরবদা অদুগা জযদ্রথবু মখোয়গী তেলগী নিশানগী মপা চপ্চানা লৈবদু উবদা মতম কৌবা লায়না ঈঙ্খিল্লক্তূনা মথ্বাইথাগে লাকচরকপা কৌরব লান্মীশিং মতম তাঞ্জাদুদা করি করি উপায় তৌখি? শাথিনা হাৎনথিম্রবগী মতম অসিদা করি করি থনাখিবগে করি করি থবক তৌখিবগে? ॥১৮ ১৯॥ ঈবুংঙো, সঞ্জয়! মৃত্যু কৌব লাই অদুনা লালকমদা লাক্তূনা কৌরব লান্মীশিংসু য়োৎথ্রবনি হায়না থল্লি। মখোয়দা হান্না লৈরম্বা লালগী শক্তি অদুসু লৈখিদ্রমাল্লে হায়না খল্লি ॥২০॥ সঞ্জয়! কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা মশাদা করিমত শোক্পা পন্বা তৌদনা লালকমদা চঙঙকখি। অদুবু কৌরব লান্মী অদুক য়াম্বনা মখোয অনীতবু থিংবা ঙমখিদে! ॥২১॥ লান্মী অকনবা কয়াবু ঐখোয়না তলব মতীক্চানা-চানা পীজদুনা যোক্খাক্তূনা থমখিবনি ॥২২॥ ঈবুংঙো সঞ্জয়! ঐখোয়না কনাগুম্বা অমতবু মপুক্কীং ঙুংঙাইহন্দনা লান্মী ওইহনখিবা নত্তে। মখোয়পুম্বা থা-থাগী মতীকচানা শেল অমদি চানিঙ চানীঙবা পোত্ত পীজপীথক্তূনা থম্খিবনি ॥২৩॥ ঈবুংঙো সঞ্জয়! ঐখোয়না মতীক চাযবা কনাগুম্বা অমত্তবু

ন চ যোধো ভবেৎ কশ্চিম্মম সৈন্যে তু সঞ্জয়! । অন্নদানভৃতস্তাত । নচ্ছত্রাভৃতকো নরঃ ॥২৪॥
পুজিতো হি যথাশক্তি দানমানাশনৈর্ম্ময়া । তথা পুত্রৈশ্চ মে তাত । জ্ঞাতিভিশ্চ সবান্ধবৈঃ ॥২৫॥
তে চ প্রাপৈ্যব সংগ্রামে নির্জিতাঃ সব্যসাচিনা । শৈনেয়েন পরামৃষ্টাঃ কিমন্যত্তাগধেয়তঃ ॥২৬॥
রক্ষ্যতে যশ্চ সংগ্রামে যে চ সঞ্জয়! রক্ষিণঃ । একঃ সাধারণঃ পন্থা রক্ষ্যস্য সহ রক্ষিভিঃ ॥২৭॥
অর্জ্জুনং সমরে দৃষ্ট্বা সৈন্ধবস্যাগ্রতঃ স্থিতম্ । পুত্রো মম ভৃশং মূঢ়ঃ কিঃ কার্য্যং প্রত্যপদ্যত ॥২৮॥
সাত্যকিঞ্চ রণে দৃষ্ট্বা প্রবিশন্তমভীতবৎ । কিং নু দুর্য্যোধনঃ কৃত্যং প্রাপ্তকালমমন্যত ॥২৯॥
সর্ব্বশস্ত্রাতিগৌ সেনাং প্রবিষ্টৌ রথিসত্তমৌ । দৃষ্ট্বা কাং বৈ ধৃতিং যুদ্ধে প্রত্যপদ্যন্ত মামকাঃ ॥৩০॥
দৃষ্ট্বা কৃষ্ণন্তু দাশার্হমর্জ্জুনার্থে ব্যবস্থিতম্ । শিনীনামৃষভঞ্চৈব মন্যে শোচন্তি পুত্রকাঃ ॥৩১॥
দৃষ্ট্বা সেনাং ব্যতিক্রান্তাং সাত্বতেনার্জ্জুনেন চ । পলায়মানাংশ্চ কুরূন্ মন্যে শোচন্তি পুত্রকাঃ ॥৩২॥
বিদ্রুতান্ রথিনো দৃষ্ট্বা নিরুৎসাহান্ দ্বিষজ্জয়ে । পলায়নকৃতোৎসাহান্ মন্যে শোচন্তি পুত্রকাঃ ॥৩৩॥
শূন্যান্ কৃতান্ রথোপস্থান্ সাত্বতেনার্জ্জুনেন চ । হতাংশ্চ যোধান্ সংদৃশ্য মন্যে শোচন্তি পুত্রকাঃ ॥৩৪॥

---

মতীকচাদনা তলব পীজদুনা থমথিবা তৌদে। ॥২৪॥ সঞ্জয়! নংনা থৱিঙবদু মঙায় ঐগী ঐচাশিংনা শাগৈনাতৈগা লোয়ননা মখোয়দা মরকমরক্ত দান সম্মানপুম্বা পীদুনা থমখিবনি ॥২৫॥ অদুবু অর্জ্জুন মথন্তনা মখোয়বু জয় তৌখ্রে। সাত্যকি মরুস্থু মখোয়যু নৈহৎখ্রে। অদুনা মখোয়গী লাইবক্ত অস্থম্ থোকউ হায়না তমখিবা নগুনা অতৈ মরম্ করি অম লৈগদগে? ॥২৬॥ অদুনা সঞ্জয়! মখোয়বু য়োকপিবা ঈচাশিংস্থু, ঈচাশিংনা য়োকপিবা মখোয়সু, অয়োকপা য়োকপিবা অনীমক দশা মওং অমতদা তাগ্রবা! ॥২৭॥ লালুকম্ অদুদা অর্জ্জুননা জয়দ্রথগী মাঙমক্তদা থ্ংঙরবা মতম অদুদা ঐগী ঈচা মহামুর্থ পঙ্লবা দুর্য্যোধন হায়বদুনা করি করি তৌখি? ॥২৮॥ সাত্যকিনা থ্ংঙরবা মতম্ অদুদা দুর্য্যোধননা মতম্ তাঞ্জাদুনা করি করি উপায় তৌখিবগে! অদুগা করি করি তৌবা হৌনবগে হায়না খনখিবগে ॥২৯॥ থুৎলায় পায়বগী অথোইবা অর্জ্জুন অমদি সাত্যকিনা থুংঙরবদা ঐগী পক্ষগী লাম্মীশিং অদুবু তপথনা লৈবা ঙমলিবরা? ॥৩০॥ দাশার্হবংশগী কৃষ্ণ অদুগা শিনিবংশগী অথোইবা সাত্যকি অনীনা মতেং পাংদুনা চঙঙরুবা অর্জ্জুনবু উবদা ঐগী ঈচাশিংনা অনুতাপ তৌরক্লবনি হায়না ঐনা খল্লি ॥৩১॥ অর্জ্জুনগা সাত্যকিগা অনীনা কৌরব লাম্মী মপৈবু নমথেক্তুনা চঙশিল্লকপদু উবদা ঐগী ঈচাশিংদো তৌকম খঙদদুনা সুংঙাইরক্লরিবোই হায়না খল্লি ॥৩২॥ কৌরবলাম্মীশিংনা মিপাইনরক্রবদা, য়েক্লবঙম্গনি হায়বগী আশা লৈরক্ত্রবদা অদুগা মখোয় অয়াম্বনা চেন্গদবগী তৌনরকপদু উবদা ঐগী ঈচাশিংনা হৌজিক্ত মপুক্লাংদা চাকৃলকৃলরিনি হায়না ঐনা খল্লি ॥৩৩॥ ঐনা অস্থুম খন্‌ববু অর্জ্জুন সাত্যকি অনীনা রথীশিংবু লোইনা হাৎগ্রবদা মখোয়গী ঈহাঙ্ হাঙ্বা রথশিং অদুবু উবদা ঈচাশিংদো য়াম্না অনুতাপ তৌরক্লরিনি ॥৩৪॥ অকন্‌বা লিশিংলিশিংনা শগোল শামু রথনচিংবা শাদোং য়াওদনা—অমঅমগা থেংগাইনদুনা

ব্যশ্বনাগরথান্ দৃষ্ট্বা তত্র বীরান্ সহস্রশঃ। ধাবমানান্ রণে ব্যগ্রান্ মন্যে শোচন্তি পুত্রকাঃ ॥৩৫॥
বিহীনাংশ্চ রথনশ্বান্ বিরথাংশ্চ কৃতান্ নরান্। তত্র সাত্যকিপার্থাভ্যাং দৃষ্ট্বা শোচন্তি পুত্রকাঃ
মহানাগান্ বিদ্রবতো দৃষ্ট্বার্জ্জুনশরাহতান্। পতিতান্ পততশ্চান্যান্ মন্যে শোচন্তি পুত্রকাঃ ॥৩৭॥
হতযোধান্ নিহতান্ দৃষ্ট্বা দ্রবমাণাংস্ততস্ততঃ। রণে সাত্বতপার্থাভ্যাং মন্যে শোচন্তি পুত্রকাঃ ॥৩৮॥
পদাতিসংঘান্ রণে দৃষ্ট্বা ধাবমানান্ সমন্ততঃ। নিরাশা বিজয়ে সর্ব্বে মন্যে শোচন্তি পুত্রকাঃ ॥৩৯॥
দ্রোণস্য সমতিক্রান্তাবনীকমপরাজিতৌ। ক্ষণেন দৃষ্ট্বা তৌ বীরৌ মন্যে শোচন্তি পুত্রকাঃ ॥৪০॥
সংমূঢ়োঽস্মি তাত! শ্রুত্বা কৃষ্ণধনঞ্জয়ৌ। প্রবিষ্টৌ মামকং সৈন্যং সাত্বতেন সহাচ্যুতৌ ॥৪১॥
তস্মিন্ প্রবিষ্টে পৃতনাং শিনীনাং প্রবরে রথে। ভোজানীকং ব্যতিক্রান্তে কথমাসন্ হি কৌরবাঃ ॥৪২॥
তথা দ্রোণেন সমরে নিগৃহীতেষু পাণ্ডুষু। কথং যুদ্ধমভূৎ সূত! তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়! ॥৪৩॥
দ্রোণো হি বলবান্ শূরঃ কৃতাস্ত্রো দৃঢ়বিক্রমঃ। পাঞ্চালাস্তং মহেষ্বাসং প্রত্যযুধ্যন্ কথং রণে ॥৪৪॥
বদ্ধবৈরাস্ততো দ্রোণে ধর্ম্মরাজজয়ৈষিণঃ। ভারদ্বাজস্তথা তেষু বদ্ধবৈরো মহাবলঃ ॥৪৫॥

কাণ্ডু কারল কোযচেল্ চেন্নরকপহু উবদা ঐগী অচাশিংনা থোইদোক্না নুঙাইলদ্রবিবোই হায়না খল্লি ॥৩৫॥ অর্জ্জুন সাত্যকি অনীনা কৌরবলাম্মীশিংগী রথবু অমদি শগোলশামুশিং অন্নবু মখোযগী অতোপা অপাংবা রথীশিংঅহু যাওহন্দবহু উবদা ঐগী অচাশিংনা করিঙ্গুংগীনো হায়বহু খৌবিনি ॥৩৬॥ সঞ্জয়! চাউরিবা শামুশিংনা অর্জ্জুনগী তেন্না পানবদা লৈমায়থক্তা তা-তাঙ্গুনা লৈবহু উবদা ঐগী অচাশিংহু থোইদোক্না রাবমূগনি হায়না ঐনা খল্লি ॥৩৭॥ সঞ্জয়! অর্জ্জুন সাত্যকি অনীগী তেন্না পানবদা চৈনা খাঙবা চেমদহুনা শগোলশিং অহুনা খোংজনা কোযচেল চেন্নরকপহু উবদা ঐগী অচাশিংদো থোইদোক্না অনুতাপ তৌবকুলনি ॥৩৮॥ খোঙ-মীশিং অহুনা অমগমগ লোনহুনা চেঙ্গাইনহুনা কোয়চেল চেন্নরকপহু উবদা অচাশিংদো নীঙবা কাযরনা যায় রাবমূগনি হায়না ঐনা খল্লি ॥৩৯॥ অকনবা অনীহুনা দ্রোণগী লাম্মী তেঙ্গোলবু লাম্বোক-হুনা লালহম্ মনুংদা চঙশিনখিবহু উবদা ঐগী অচাশিংদো থোইদোক্না অরাবগা লোয়ননা মিপাই-রমূগনি ॥৪০॥ ঈবুংঙো সঞ্জয়! অকনবগী ধর্ম্মগী লম্বীবু লীকলম্ কাযদনা চপ্ চানা চৎলবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা সাত্যকিগা লোয়ননা ঐগী লাম্মী তেঙ্গোল মরক্তা চঙশিনখ্রে হাযবসি তাবদা ঐ থম্মোয় অসি পুথা শারবত্রে ॥৪১॥ রথ মথক্তা তোংলবা, শিনিবংশগী অথোইবা সাত্যকিনা কৌরবলাম্মী মরক্তা চঙশিনখ্রবদা অদুগা ভোজগী লাম্মী তেঙ্গোল্ মপৈবু লাম্বোক্খ্রনা চঙখ্রবহুদা ঐগী অচাশিংগী মপূক্নী হু কম্ দৌখি? ॥৪২॥ মহারথিগী বংশদ পোক্লবা সঞ্জয়! পাণ্ডবলাম্মীশিংবু তাঞ্জা অসিদা দ্রোণনা মতৌ করম্না জয তৌখিবা মাহু নং ঐঙোন্দা নীয়ু ॥৪৩॥ দ্রোণ হায়বহুদি মপাঙ্গল্ কঁনবনি, খুৎলায়পূম্বা হৈরবনি, মরিল্মথৌনা য়াম্না লৈবনি। অহুনা পাঞ্চালশিংনা অকনবা মহীরথী দ্রোণগা মতৌকরম্না থেংনখিবগে? ॥৪৪॥ ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী অকবত খল্লবা মহাক্না জয ওইবত নীঙলবা পাঞ্চালশিং অহুদি দ্রোণবু শীঙহুনা লৈরিবনি। দ্রোণহু

আর্ত্তপ্রলাপানিহ যানিদানীং কুরুষে নৃপ। নৈতদস্বদ্ধস্য তে সাধু গতাসোবিব মণ্ডনম্ ॥৫৫॥

তস্মাদস্থ স্থিরো ভূত্বা জ্ঞাত্বা লোকস্য নির্ণযম্। শৃণু যুদ্ধং যথা বৃত্তং ঘোরং দেবাসুরোপমম্ ॥৫৬॥

প্রবিষ্টে তব সৈন্যন্তু শৈনেয়ে সত্যবিক্রমে। ভীমসেনমুখাঃ পার্থাঃ প্রতীয়ুর্বাহিনীং তব ॥৫৭॥

আগচ্ছতস্তান্ সহসা ক্রুদ্ধরূপান্ সহানুগান্। দধারৈকো রণে পাণ্ডূন্ কৃতবর্ম্মা মহারথঃ ॥৫৮॥

যথোদ্বৃত্তং বারয়তে বেলা বৈ সলিলার্ণবম্। পাণ্ডুসৈন্যং তথা সংখ্যে হার্দ্দিক্যঃ সমবারয়ৎ ॥৫৯॥

তত্রাদ্ভুতমপশ্যাম হার্দ্দিক্যস্য পরাক্রমম্। যদেনং সহসা পার্থা নাতিচক্রমুরাহবে ॥৬০॥

ততো ভীমস্ত্রিভির্বিদ্ধা কৃতবর্ম্মাণমাশুগৈঃ। শঙ্খং দধ্মৌ মহাবাহুর্হর্ষযন্ সর্বপাণ্ডবান্ ॥৬১॥

সহদেবস্তু বিংশত্যা ধর্ম্মরাজস্তু পঞ্চভিঃ। শতেন নকুলশ্চাপি হার্দ্দিক্যং সমবিধ্যত ॥৬২॥

দ্রৌপদেয়াস্ত্রিসপ্তত্যা সপ্তভিশ্চ ঘটোৎকচঃ। ধৃষ্টদ্যুম্নস্ত্রিভিশ্চাপি কৃতবর্ম্মাণমার্দ্দয়ৎ।

বিরাটো দ্রুপদশ্চৈব ত্রিভিরবিধ্যত ॥৬৩॥

শিখণ্ডী চাপি হার্দ্দিক্যং বিদ্ধা পঞ্চভিরাশুগৈঃ। পুনর্বিব্যাধ বিংশত্যা সাযকানাং হসন্নিব ॥৬৪॥

---

উবা ফংদে। অদুনা কৌরবপক্ষনা পরাজয় ফংবগী অমদি সর্ব্বনাশ অসিগী মরুদি মহারাজমক্তি ॥৫৪॥ মরম অদুনা মহারাজ! মতম অসিদা কপ্প লাউবা অনুতাপনচিংবা তৌবসিনা, অশিবা হকচাংদা জীকোল ফিজেৎ লৈতেং থোমজিল্লরগা করিসু ফজদবদুগুম্না মহারাজদা থোইনা ফজবা লৈতে। মরমদি মহারাজদি য়াম্না অহল ওইরবনি ॥৫৫॥ মরম অদুনা মহারাজ! অরাবা খুদোংথীবা তাররিবা পূম্বসি তাইবং মীওইবগী মরনাইগী কর্ম্মগী দোষননি হায়বসি খঙবিদুনা পূক্নিং ফাজিন-বিরগা লাইহিংচাবগী লাঞ্জাওগুম্নবা কৌরবপাণ্ডবপক্ষ অনীগী লাঞ্জাও অসি মথং অমা তাথবিয়ো ॥৫৬॥ মহারাজ! থাঙ্গেশেংনা মাথোনা লৈরবা সাত্যকিনা কৌরবলাম্মী তেঙ্গোল মনুংদা চঙখ্রবদা ভীমসেননা চিংবা পাণ্ডবশিং অতৈসু মাগী মাগী খোঙ্‌মি লাম্মীশিংগা লোয়ননা কৌরব-তেঙ্গোল তম্না চঙশিল্লকই ॥৫৭॥ হায়রিবশিংসিনা য়াম্না শাউনা চঙাশল্লক্লবদা কৃতবর্ম্মানা মখোয়গী মায়োক য়াখি ॥৫৮॥ সমুদ্রগী হায়গৎলকপা ঈথক ইপোম্বু চাংজোনা ঙাকথোকপা অদুগুম্না অদুক য়াম্বশিং অদুবু কৃতবর্ম্মানা মায়োক্ য়াহনা থিংহনা থমখি ॥৫৯॥ মতম অদুদা ঐখোয় কৌরবলাম্মী পূম্নমক্না কৃতবর্ম্মা অঙকপা মথৌনাবু উবা ফংখি। মরমদি পাণ্ডবশিংনা অমদি মখোযগী লাম্মী ফনা অমতনা কৃতবর্ম্মাবু মায়থীবা পীহুনা মঙোন্দগী লাম্থোকপা ঙম্-থিদ্রে ॥৬০॥ মতম অদুদা ভীমসেননা পৌরবা তেল অহুম্না কৃতবর্ম্মাদা কম্না থারগা, পাণ্ডব-শিংগী থম্মোয়দা নুংঙাইবা হবাউবা পোকহনবা মোইবুং হৌনা খোংখি ॥৬১॥ অদুগী তুংদা সহদেবনা তেল কুন, যুধিষ্ঠিরনা মঙা, নকুলনা তেল চাম শত্রুনা কৃতবর্ম্মাদা কম্না থাখি ॥৬২॥ ঘটোৎকচনা তেল তরেৎ, ধৃষ্টদ্যুম্ননা অহুম, দ্রৌপদীগী মচাশিংনা তেল হুফূতরাহুমদোই শত্রুনা কৃতবর্ম্মাদা অকন্‌বা চৈনা পীখি। অদুদগী অমুকসু বিরাট দ্রুপদ অনীনা তেল অহুম্ অহুম্না কম্না কম্না চৈনা পীখি ॥৬৩॥ শিখণ্ডীনা তেল মঙা কৃতবর্ম্মাদা কম্না থারগা অমুকসু

কৃতবর্ম্মা ততো রাজন্। সর্ব্বতস্তান্ মহারথান্। একৈকং পঞ্চভির্বিদ্ধ্বা ভীমং বিব্যাধ সপ্তভিঃ।
ধনুর্ধ্বজঞ্চাস্য তদা রথাদ্ভূমাবপাতয়ৎ ॥৬৫॥
অথৈনং ছিন্নধন্বানং ত্বরমাণো মহারথঃ। আজঘানোরসি ক্রুদ্ধঃ সপ্তত্যা নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥৬৬॥
স গাঢ়বিদ্ধো বলবান্ হার্দ্দিক্যস্য শরোত্তমৈঃ। চচাল রথমধ্যস্থঃ ক্ষিতিকম্পে যথাচলঃ ॥৬৭॥
ভীমসেনং তথা দৃষ্ট্বা ধর্ম্মরাজপুরোগমাঃ। বিসৃজন্তঃ শরান্ ঘোরান্ কৃতবর্ম্মাণমার্দ্দয়ন্ ॥৬৮॥
তং তথা কোষ্ঠকীকৃত্য রথবংশেন মারিষ।। বিব্যধুঃ সায়কৈর্হৃষ্টা রক্ষার্থং মারুতের্ম্মৃধে ॥৬৯॥
প্রতিলভ্য ততঃ সংজ্ঞাং ভীমসেনো মহাবলঃ। শক্তিং জগ্রাহ সমরে হেমদণ্ডাময়স্ময়ীম্।
চিক্ষেপ চ রথাত্তূর্ণং কৃতবর্ম্মরথং প্রতি ॥৭০॥
সা ভীমভুজনির্ম্মুক্তা নির্ম্মুক্তোরগসন্নিভা। কৃতবর্ম্মাণমভিতঃ প্রজজ্বাল সুদারুণা ॥৭১॥
তামাপতন্তীং সহসা যুগান্তাগ্নিসমপ্রভাম্। দ্বাভ্যাং শরাভ্যাং হার্দ্দিক্যো নিচকর্ত্ত দ্বিধা তদা ॥৭২॥
সা ছিন্না পতিতা ভূমৌ শক্তিঃ কনকভূষণা।
দ্যোতয়ন্তী দিশো রাজন্। মহোল্কেব নভশ্চ্যুতা ॥৭৩॥
শক্তিং বিনিহতাং দৃষ্ট্বা ভীমশ্চক্রোধ বৈ ভৃশম্। ততোঽন্যদ্ধনুরাদায় বেগবচ্চ মহাস্বনম্।
ভীমসেনো রণে ক্রুদ্ধো হার্দ্দিক্যং সমবাকিরৎ ॥৭৪॥

---

নোক্না নোক্না থোরবা তেল কুন্না কন্না থাখি ॥৬৪॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা কৃতবর্ম্মানা মায়গী মরি কোয়রৈ লৈদুনা অদুক য়াম্বা লান্মীশিং অমমম্দা তেল মঙা মঙানা থারগা ভীমদা তেল তরেৎনা থারগা ভীমগী লীকুং অমদি কিরালবু কক্তুনা লৈমায় থক থাদখি ॥৬৫॥ অদুগী তুংদা থোইনা শাউরবা কৃতবর্ম্মানা য়াম্না থুৎলৈ থুনা থোরবা তেল্ হুস্ফুতরানা লীকুং ককথবা ভীমগী থবাক্তা থুম্না থাখি ॥৬৬॥ কৃতবর্ম্মাগী থুৎলাইনা পান্বদা ভীম অসি, যুহারাবদা চীঙজাওনা নীকৃপহুগুম্না নীকৃতুনা খাঙখি ॥৬৭॥ ভীমগী অসিগুম্বা অবস্থা অসি উবদা যুধিষ্ঠির-নচিংবা অকনব শিংনানোংচুবগুম্ খুৎলাই মখল মথল মনম্ মনম্ কাপশিল থাজিল্লকুনা কৃতবর্ম্মাদা অরাবা চৈনাখোল পীখি ॥৬৮॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ! মতৌ অম্না অকনব-শিং অসিনা মাগী মাগী লান্মীশিংনা পুম্কোয় কোয়শিন্দুনা ভীমসেনবু কনগে হায়রবগীদমক্ কৃতবর্ম্মারোমদা অতৎ অথম্ লৈতনা কাপ্শিল্ লংশিনখি ॥৬৯॥ অদুদগী ওহাক লৈরগা ভীমসেন অসি জ্ঞান তারক্কুনা সনানা মখোক্ পানবা থোরবা তা অমা পায়খত্তুনা মহাক্না রথমথক্তগী কৃতবর্ম্মাগী রথ অদু তম্না কন্না লংওকই ॥৭০॥ ভীমগী মখুত্তগী পাইথোরকপ তা অদুনা মৈরি থোক্না চাক্তুনা কৃতবর্ম্মা তম্না পাইশিল্লকই ॥৭১॥ প্রলয়গী মৈরীগী মতৌগুম্না পাইশিল্লকলিবা তা অদু লম্খাওদা কৃতবর্ম্মানা থোরবা তেল অমনা মতেক্ অনী থোক্না কক্থৎতুনা থাদখি ॥৭২॥ মহারাজ! মৈরি থোক্না চাক্লবা লংলবা তা অদুনা নোংমদোনথক্তগী পাইথরকপা শঙাইশেল গুম্না মতেক্ অনী থোক্না তেকতুনা লৈমায়থক্তা তাখি ॥৭৩॥ তা অদুনা করিমত্তা কান্দনা তেকতুনা তাবদু উবদা ভীমসেন অসি থোইদোকনা শাউখি। থোইদোকনা শাউরবা ভীমনা

অথৈনং পঞ্চভির্বাণৈরাজঘান স্তনান্তরে। ভীমো ভীমবলো রাজন্! তব দুর্মন্ত্রিতেন হ ॥৭৫॥
ভোজস্তু ক্ষতসর্ব্বাঙ্গো ভীমসেনেন মারিষ!। রক্তাশোক ইবোৎফুল্লো ব্যরাজত রণাজিরে ॥৭৬॥
ততঃ ক্রুদ্ধস্ত্রিভির্বাণৈর্ভীমসেনং হসন্নিব। অভিহত্য দৃঢ়ং যুদ্ধে তান্ সর্ব্বান্ সর্ব্বান্ প্রত্যবিধ্যত ॥৭৭॥
ত্রিভিস্ত্রিভির্মহেষাসো যতমানান্ মহারথান্। তেঽপি তং প্রত্যবিধ্যন্ত সপ্তভিঃ সপ্তভিঃ শরৈঃ ॥৭৮॥
(যুগ্মকম্)

শিখণ্ডিনস্ততঃ ক্রুদ্ধঃ ক্ষুরপ্রেণ মহারথঃ। ধনুশ্চিচ্ছেদ সমরে প্রহসন্নিব সাত্বতঃ ॥৭৯॥
শিখণ্ডী তু ততঃ ক্রুদ্ধশ্ছিন্নে ধনুষি সত্বরঃ। অসিং জগ্রাহ সমরে শতচন্দ্রঞ্চ ভাস্বরম্ ॥৮০॥
ভ্রাময়িত্বা মহচ্চর্ম্ম চামীকরবিভূষিতম্। তমসিং প্রেষয়ামাস কৃতবর্ম্মরথং প্রতি ॥৮১॥
স তস্য সশরং চাপং ছিত্ত্বা সংখ্যে মহানসিঃ। অভ্যগাদ্ধরণীং রাজন্! চ্যুতং জ্যোতিরিবাম্বরাৎ ॥৮২॥
এতস্মিন্নেব কালে তু ত্বরমাণো মহারথঃ। বিব্যাধ সায়কৈর্গাঢ়ং কৃতবর্ম্মাণমাহবে ॥৮৩॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় ত্যক্ত্বা তচ্চ মহদ্ধনুঃ। বিশীর্ণং ভরতশ্রেষ্ঠ! হার্দ্দিক্যঃ পরবীরহা ॥৮৪॥
বিব্যাধ পাণ্ডবান্ যুদ্ধে ত্রিভিস্ত্রিভিরজিহ্মগৈঃ। শিখণ্ডিনঞ্চ বিব্যাধ ত্রিভিঃ পঞ্চভিরেব চ ॥৮৫॥
(যুগ্মকম্)

ধনুরন্যৎ সমাদায় শিখণ্ডী তু মহাযশাঃ। অবারয়ৎ কূর্ম্মনখৈরাশুগৈর্হার্দ্দিকাত্মজম্ ॥৮৬॥

---

অতোপপা লীকং অমা পাযখৎতুনা তেজ মনম্মনম্ কাপশিল্লকতুনা কৃতবর্ম্মা অসি মশাপুম্বা তেন্তনা পূম্য়োম্ য়োমহনখ্রে ॥৭৪॥ মহারাজ! অদুদগীদি মহারাজনা তৌবিখিবা মন্ত্রনাশিং অদুগী মহৈনা ভীমসেননা কাপকপা অকিবগী মশক ওইরবা থৌরবা তেজ মডানা কৃতবর্ম্মাগী খজীন্দা থুম্না থাখি ॥৭৫॥ ঈকাযখুম্নবগী মশক ওইরবা নিংথৌ! ভীমনী থৌরবা তেজ মডা অদুনা পানবদা কৃতবর্ম্মাসি ঙকচাং পূম্বা ঈং নাইহং শাদুনা অডাংবা মপাম্না থম্নবা নাওইদোং পাম্বী অমগুম্না লাম্নকম্ অদুদা থোইনম্ নীংথজখি ॥৭৬॥ অদুগী মতুংদা অচৌবা লীকং পাখম্না কম্লবা কৃতবর্ম্মা অসি শাউবনা মৈথৌখনুনা লোম্নারা থৌববা তেজ অদুম্না ভীমদা থারগা মাগী লাম্মী খুদিংদা তেজ অতুম-অতুম থাখি। অদুদগী মখায়নশু অমমন্না তেজ তরেৎ তরেৎ শতুনা কৃতবর্ম্মাদা থাখি ॥৭৭—৭৮॥ মতম অদুদা শাউরন কৃতবর্ম্মনা থৌরবা শুরমচীন্ শাবা তেজ অমনা শিখণ্ডীগী লীকং থাদখি ॥৭৯॥ লীকং অদুনা তেকখ্রবদা শিখণ্ডী অসি থোইদোক্না শাউখিদুনা থা চাম যেকপা-হৎপা পাকচাউরবা চুঙ্গোয় অমগা থাঙশা অমগা পাযখৎখি ॥৮০॥ অদুগী তুংদা শিখণ্ডীনা সনা হৎলবা, পাকচাউরব চুঙ্গায় অদু কোয়ৈর লৈনা মাগী লংলবা থৌরথা থাঙশাং অদু কৃতবর্ম্মাগী রথতম্না লংশিল্লকই ॥৮১॥ মহারাজ! থাঙশাং অদুনা হাইজিন্‌খিদুনা কৃতবর্ম্মাগী তেঙ্গাথোংদুনা লৈরিবা তেনগা লোয়নরিবা লীকং অদু ময়াযদা ককথৎলম্লগা লৈখাদা তাখি ॥৮২॥ মৈরক্ অসিদা য়াম্না খুংলৈ থুনা শিখণ্ডীনা তেজ্ মনম্মনম্ কাপশিল্লকুনা কৃতবর্ম্মাগী মশাপুম্বা তেম্ন পূমযোম্ য়োমখ্রে ॥৮৩॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা, মহারাজ! য়েক্কবা হাৎওম্বা কৃতবর্ম্মানা অতেক্পা শাংলবা লীকং অদু লংথোক্‌খিদুনা অতোপ্পা লীকং অমা

ততঃ ক্রুদ্ধো রণে রাজন্। হার্দিক্যাবনতস্তবঃ। অভিদুদ্রাব বেগেন যাজ্ঞসেনিং মহারথম্ ॥৮৭॥
ভীষ্মস্য সমরে রাজন্। মৃত্যোর্হেতুং মহাত্মনঃ। বিদর্শয়ন্ বলং শূরঃ শার্দ্দুল ইব কুঞ্জরম্ ॥৮৮॥
(যুগ্মকম্)

তৌ দিশাং গজসঙ্কাশৌ জ্বলিতাবিব পাবকৌ। সমাগেতকুরক্তোঽঙ্গং শরসংঘৈররিন্দমৌ ॥৮৯॥
বিধুন্বানৌ ধনুঃশ্রেষ্ঠে সন্দধানৌ চ সায়কান্। বিসৃজন্তৌ চ শতশো গভস্তীনিব ভাস্করৌ ॥৯০॥
(যুগ্মকম্)

তাপয়ন্তৌ শরৈস্তীক্ষ্ণৈরন্যোন্যং তৌ মহারথৌ। যুগান্তপ্রতিমৌ বীরৌ রেজতুর্ভাস্করাবিব ॥৯১॥
কৃতবর্ম্মা তু সমরে যাজ্ঞসেনিং মহারথম্। বিদ্ধেষুভিস্ত্রিসপ্তত্যা পুনর্বিব্যাধ সপ্তভিঃ ॥৯২॥
স গাঢ়বিদ্ধো ব্যথিতো রথোপস্থ উপাবিশৎ। বিসৃজ্য সশরং চাপং মূর্চ্ছয়াভিপরিপ্লুতঃ ॥৯৩॥
তং বিষণ্ণং রণে দৃষ্ট্বা তাবকাঃ পুরুষর্ষভম্। হার্দিক্যং পূজয়ামাসুর্বাসাংস্যাদুধুবুশ্চ হ ॥৯৪॥
শিখাণ্ডিনং তথা জ্ঞাত্বা হার্দিক্যশরপীড়িতম্। অপোবাহ রণাদ্যন্তা ত্বরমাণো মহারথম্ ॥৯৫॥
সাদিতন্তু রথোপস্থে দৃষ্ট্বা পার্থাঃ শিখণ্ডিনম্। পরিবব্রূ রথৈস্তূর্ণং কৃতবর্ম্মাণমাহবে ॥৯৬॥

পায়খৎতুনা থোক্লবা তেল্ অহুম্ অহুমা পাণ্ডবশিংদা মীপুম থীৎনা থাখি। অহুগী তুংদা শিখণ্ডীদা অহানবদা তেল অহুমা অহুগী তুংদা মহানা কপ্পা থাখি ॥৮৪-৮৫॥ মতম্ অসিদা মিংচৎ চাউরবা শিখণ্ডীস্থ অতোপ্পা লীরুং অম পায়খৎতুনা থেকুগী খুজিন্ মানবা মচীন শানবা তেল মনম্মনম্ কাপশিল্লকতুনা কৃতবর্ম্মাগী মশাপুম্বা তেল্লা পূদয়োম্ য়োম্হনথে ॥৮৬॥ মহারাজ! অহুগীতুংদা কৈনা শামুগী মায়কৈদা হোঙ্চিন্ চেনশিন্কগুম্বা, কল্লবা-শাউরবা কৃতবর্ম্মানা ভীষ্মনা শিথিবগী অথোইবা মকম্ অম ওইনা লৈরবা শিখণ্ডী তপ্পা যুজিল্লকই ॥৮৭-৮৮॥ অসিগী তুংদা মায়গৈ ঙাক্পা শামু অনীগী মতৌগুম্বা অমদি মৈ ত্রুণ্ড ত্রুণ্ড হৌরবা মুম্বী অনীগী মতৌগুম্বা, য়েল্লববু নৈহৎপা ঙম্মরবা কৃতবর্ম্মা-শিখণ্ডী অনী অসি, মশী মশী লীরুংবু খুৎম্ চেৎনা পায়নতুনা, তেলশৎপদা তেল্লা থোংবম্না, নিশানা তৌরদা চপ্ চপ্ মাপ্পা চুখিগনা কাপথেক্পা থোকপা মশেকমণ্ডলগী মপৈগুম্বা তেললিশিং লিশিংবু কাপ্থোক্নরক্না চণ্ডশিন্নরকই ॥৮৯-৯০॥ কল্পগী মতৌগুম শল্লবা, সুমিৎকী মতৌগুম তেজ লৈরবা মহারথী অনী অসি অমনা অমবু তেল্লা চৈনা শীনরক্না থোইদোক্লা নীওথীজখি ॥৯১॥ অহুদগী তুংদা তেল হুক্ তল্লা-হুমদোইনা শিখণ্ডীদা কপ্পা থারগা অমুকম্ থোরবা তরেৎ অমনা থাজিল্লি ॥৯২॥ শাথিনা পামনখিবনা শিখণ্ডী অসি মশা চোক্থখিহ্নুনা, মূর্চ্ছা ওইহ্নুনা লীরুং তেল থাদোকতুনা রথ মথক্ত, তুমিল্ল কম্হুনা লৈখি ॥৯৩॥ মাহু উবদা কৌরবলাগী অয়াম্বনা কৃতবর্ম্মাবু থাগৎতুনা, মফিময়োল্ লংখৎনরক্না থোইদোক্লা সুংঙাইবা কোঙদোরখি ॥৯৪॥ অসোম্দনা শিখণ্ডী অসি মূর্চ্ছা ওইহ্নুনা লৈবহু উবদা মাগী সারথিনা মহাকপু লালুকমগী নাকল অমা থৈদোক্তুনা পুথোকখি ॥৯৫॥ শিখণ্ডীনা বাম্বহ্নুনা মহাকপু সারথিনা পুথোকখিবহু উবদা পাণ্ডবশিংনা অশাউবগা

তত্রাদ্ভুতং পরং চক্রে কৃতবর্ম্মা মহারথঃ। যদেকঃ সমরে পার্থান্ বারয়ামাস সানুগান্ ॥৯৭॥
পার্থান্ জিত্বাজয়চ্চেদীন্ পাঞ্চালান্ সৃঞ্জয়ানপি। কৈকেয়াংশ্চ মহাবীর্য্যান্ কৃতবর্ম্মা মহারথঃ ॥৯৮॥
তে বধ্যমানাঃ সমরে হার্দ্দিক্যেন স্ম পাণ্ডবাঃ। ইতশ্চেতশ্চ ধাবন্তো নৈব চক্রুর্ধৃতিং রণে ॥৯৯॥
জিত্বা পাণ্ডুসুতান্ যুদ্ধে ভীমসেনপুরোগমান্। হার্দ্দিক্যঃ সমরেঽতিষ্ঠদ্বিধূম ইব পাবকঃ ॥১০০॥
তে দ্রাব্যমাণাঃ সমরে হার্দ্দিক্যেন মহারথাঃ। বিমুখাঃ সমপদ্যন্ত শরবৃষ্টিভিরাহতাঃ ॥১০১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে কৃতবর্ম্মপরাক্রমে অষ্টনবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

——(:০:)——

লোয়নন। মাগী মাগী লাম্মীশিংগা লোয়নন। চেলশিল্লকৃতুন। কৃতবর্ম্মাবু মায়কৈ মরিদ। পুমকোয় কোয়শিল্লয়ে ॥৯৬॥ মতম অসিদা মহারথী কৃতবর্ম্মানা অগুকপা থবক অম তৌথি। মাহ্নদি অহুক কন্থৌরবা পাণ্ডবশিংবু অমদি লাম্মীশিং অহ্নবু মশামথন্তনা ভাকথোক্তুনা খিংহুন। থমুখি ॥৯৭॥ অহুদগী কৃতবর্ম্মাসিনা পাণ্ডবশিংবু জয়তৌয়বা তুদা চেদি পাঞ্চাল, সঞ্জয়শিং অহুগ। থোইনা কল্লবা কেকয়শিংবু মথং মথং জয় তৌথি ॥৯৮॥ কৃতবর্ম্মানা মতৌ অস্নুয়া তকৃশিল্লকৃপা মতমসিদা পাণ্ডবপক্ষগী লাম্মী পুম্ব। কায়হুনা চেল্লয়ে। কনা অমতন্ত কৃতবর্ম্মাগী মাগুদা লেম্ব গুয়খিয়ে ॥৯৯॥ মতৌঅস্নুয়া হৃদিকগী মচা কৃতবর্ম্মা অসি ভীমনচিংবা পাণ্ডবশিংবু মায়থীবা শীয়বা ফুংদা মৈথু চেন্দ্রবা লংলবা মৈবুল অমগী মতৌগুয়া লালকম্ অহুদা থোইদোয়ম নীগথীজখি ॥১০০॥ কৃতবর্ম্মানা তকৃশিল্লকৃপসিদা থাগুবা গুমন্দ্রহুনা পাণ্ডবলাম্মী অয়াম্বা লালকম্দগী মমায় গুনথি ॥১০১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মযুংদা কৃতবর্ম্মাপরাক্রমগী মগ্নিফুতয়ানিপালগুবা অধ্যায় লোইয়ে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## নবনবতিতমোঽধ্যায়ঃ।

মরিকুতরামাপলগুবা অধ্যায়ঃ

( সাত্যকিনা লাঞ্জংবগী মতাং )

—:(0):—

সঞ্জয় উবাচ।

শৃণুষ্বৈকমনা রাজন্! যন্মাং ত্বং পরিপৃচ্ছসি। দ্রাব্যমাণে বলে তস্মিন্ হার্দ্দিক্যেন মহাত্মনা ॥১॥
লজ্জয়াবনতে চাপি পরিহৃষ্টে চ তাবকে। দ্বীপো য আসীৎ পাণ্ডূনামগাধে গাধমিচ্ছতাম্ ॥২॥
শ্রুত্বা তু নিনদং ভীমং তাবকানাং মহাহবে। শৈনেয়ত্বরিতো রাজন্! কৃতবর্ম্মাণমভ্যয়াৎ ॥৩॥

( বিশেষকম্ )

কৃতবর্ম্মা তু হার্দ্দিক্যঃ শৈনেয়ং নিশিতৈঃ শরৈঃ। অবাকিরৎ সুসংক্রুদ্ধস্ততোঽক্রুধ্যত্ত সাত্যকিঃ ॥৪॥
অথাশু নিশিতং ভল্লং শৈনেয়ঃ কৃতবর্ম্মণঃ। প্রেষয়ামাস সমরে শরাংশ্চ চতুরোঽপরান্ ॥৫॥
তস্য তে জঘ্নিরে বাহান্ ভল্লেনাস্যাচ্ছিনদ্ধনুঃ। পৃষ্ঠরক্ষং তথা সূতমবিধ্যন্নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥৬॥

---

সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ! মহারাজনা ঐঙোন্দা ঙসাই হংবিথিবশিং অদু হৌজিক্ মথং মথং তাথবিয়ো। মহাত্মা ওইরবা কৃতবর্ম্মানা পাণ্ডব লান্মীশিংবু নৈরক্লবদা অদুগা মখোয়দু ঊকায়বনা মঙ্ক লুকৃথনরক্লবা মতমসিদা কৌরব লান্মীশিংনা ঙহাক্তং নুংঙাইয়েদি হায়ববু, পাণ্ডব লান্মীশিংনা অরাবা তারবা মতমসিদা অদুগা কনাগুম্বা অমগী মতেং অমদি আশ্রয় পাম্লক্লবা মতম্সিদা পাণ্ডবশিংগী অরাবগী ঊপাক্তা আশ্রয় লৌকম্ ঊথংকী মশক ওইরবা সাত্যকিনা পাণ্ডব লান্মীশিংগী অহ্যঅনাগী খোঞ্জেল অমদি কৌরবশিংগী জয়কার লাউবগী পুম্নিন্ নিন্বা খোঞ্জেল অদু তাবদা মূজিন্নক্ না কৃতবর্ম্মাগী মাঙদা চপ লেপ্লরে ॥১-৩॥ মতম্ অসিদা খোইদোক্পা শাউরবা কৃতবর্ম্মানা থৌরথৌরবা তেলমপৈমপৈ কাপশিন্নক্ না সাত্যকিবু তেন্তনা কুপশিনখ্রে। মতম্ অসিদা সাত্যকি-অসি খোইদোক্পা শাউখ্রে ॥৪॥ মতম্অসিদা সাত্যকিনা তা মচীনশাবা থৌরবা তেল কাপশিল্লগা অমদগী অমুক্ থৌরবা তেল মরিথক কৃতবর্ম্মাদা কাপশিন্নকই ॥৫॥ তেল মরি অদুনা কৃতবর্ম্মাগী শগোলমরিবু হাৎখি। তা মচিনশাবা তেল অদুনা পাইশিনখিদনা মাগী লীক্রংঅদু কক্থৎখি।

ততস্তং বিরথং কৃত্বা সাত্যকিঃ সত্যবিক্রমঃ। সেনামস্তার্দ্দয়ামাস শরৈঃ সন্নতপর্ববভিঃ ॥৭॥
অভজ্যতাথ পৃতনা শৈনেয়শরপীড়িতা। ততঃ প্রায়াৎ স ত্বরিতঃ সাত্যকিঃ সত্যবিক্রমঃ ॥৮॥
শৃণু রাজন্! যদকরোত্তব সৈন্যেষু বীর্য্যবান্। অতীত্য স মহারাজ! দ্রোণানীকমহার্ণবম্ ॥৯॥
পরাজিত্য চ সংহৃষ্টঃ কৃতবর্ম্মাণমাহবে। যন্তারমব্রবীচ্ছূরঃ শনৈর্ব্বাহীত্যসংভ্রমম্ ॥১০॥ ( যুগ্মকম্ )
দৃষ্ট্বা তু তব তৎ সৈন্যং রথাশ্বদ্বিপসঙ্কুলম্। পদাতিজনসম্পূর্ণমব্রবীৎ সারথিং পুনঃ ॥১১॥
যদেতন্মেঘসঙ্কাশং দ্রোণানীকস্য সব্যতঃ। সুমহৎ কুঞ্জরানীকং যস্য রুক্মরথো মুখম্ ॥১২॥
এতে হি বহবঃ সূত! দুর্নিবারাশ্চ সংযুগে। দুর্য্যোধনসমাদিষ্টা মদর্থে ত্যক্তজীবিতাঃ ॥১৩॥
রাজপুত্রা মহেষ্বাসাঃ সর্ব্বে বিক্রান্তযোধিনঃ। ত্রিগর্ত্তানাং রথোদারাঃ সুবর্ণবিকৃতধ্বজাঃ।
মামেবাভিমুখা বীরা যোৎস্যমানা ব্যবস্থিতাঃ ॥১৪॥ ( বিশেষকম্ )
অত্র মাং প্রাপয় ক্ষিপ্রমশ্বাংশ্চোদয় সারথে!। ত্রিগর্ত্তৈঃ সহ যোৎস্যামি ভারদ্বাজস্য পশ্যতঃ ॥১৫॥
ততঃ প্রায়াচ্ছনৈঃ সূতঃ সাত্বতস্য মতে স্থিতঃ। রথেনাদিত্যবর্ণেন ভাস্বরেণ পতাকিনা ॥১৬॥

---

অদুগী তুংদা সাত্যকিনা অতোপ্পা থৌরবা তেজ মপৈ অম কাপশিল্লক্তনা কৃতবর্ম্মাগী তুংদা শোক্লিবশিং অদুগা সারথিঅদুদা কল্লা থাখি ॥৬॥ অদুগী তুংদা থাঙৈশেংনা মপাজল কল্লবা সাত্যকিনা কৃতবর্ম্মাবু রথয়াওহন্দদুনা থোঙমী অমগুম্ লালকমদা লৈহল্লবা তুং অসিদা মহাকী লাম্মীশিংবু নৈথাইবা হৌরকলে ॥৭॥ সাত্যকিগী খুৎলায় মপৈ মপৈনা কৌরব লাম্মী পুম্নমক্ কায়দুনা চেম্নরবা মতমসিদা থাংগৈশেংনা মরিল লৈরবা সাত্যকি অসি অর্জ্জুনতম্না চঙশিনখি ॥৮॥ মহারাজ! মতম অসিদা সাত্যকিনা কৌরব লাম্মীশিং অদুদা হায়রম্ লাউরম্বশিং অদু তাবিয়ু। মহারাজ! কল্লবা সাত্যকিনা কৌরব লাম্মী ঈপাকৃপু লাম্বোক্তনা ঈনুংনুংঙাইনা কৃতবর্ম্মাদু পরাজয় তৌদুনা মহাকী সারথিদা অস্তুম্না হায়রকই "সারথি! নহাক্ রথ অসে তপ্প তপ্প থৌ" ॥৯-১০॥ শগোল শামুরথ থোঙমীনা পীকৃথল্লবা কৌরবলাম্মী মপৈঅদুবু উরগা সাত্যকিনা সারথিদা অস্তুম্না অমুক্ হায়রকই :— ॥১১॥ "সারথি! দ্রোণগী লাম্মী মপৈনা লৈরিবা অসিগী ওয়রোম্দা মুরবা পাক্লবা নোং মতুম অমগুম্না শামুগী মপৈ অমা লৈরি। মাসিগী মাঙমক্তদা, দ্রোণ অসি সনাজনা হত্তনা শারবা রথ অমদা তোংদুনা লৈরি। মরক্অসিদা দুর্য্যোধননা ঐবু থিংননবা হায়দুনা লাম্মী মপৈ অমদা য়াথং পীদুনা থম্রি। মথোয় আসে অমময়া মরিললৈরবা কল্লবা নিংথৌমচা মক্তনি। মথোয় আসি ত্রিগর্ত্ত হায়বা দেশ অদুদগী লাকপা কল্লবা লাম্মীমক্তনি। মথোয়গী রথগী ফিরালশিং আসি সনাজনা য়েক্খোত্তনা শারি। অকনবা লাম্মীশিং অসিনা ঐনা থেংনাবি হায়দুনা মফি শেমদুনা ঙাইদুনা লৈরি ॥১২-১৪॥ "সারথি! ঐবু মকম আসি তাম্না পু। শগোলশিং অসি থুৎলৈ থুনা মমায় চুম্না থৌজিল্লু। ঐ অসি দ্রোণগী মাঙ মক্তদা ত্রিগর্ত্তশিংগা লাম্থেংনগে" ॥১৫॥ অদুগী তুংদা সাত্যকিনা হায়বদা ইল্লবা সারথিনা নুমিৎকী মশেকী মতৌকুম্না লংলবা ফিরাল মচা অচৌথনা থম্না লৈতেংং ওইরবা সাত্যকিগী রথ অদু তপ্প তপ্প মায়োন

ভমুহঃ সারথের্ব্বশ্যা ধরমানা হয়োত্তমাঃ। বায়ুবেগসমাঃ সংখ্যে কুন্দেন্দুরজতপ্রভাঃ ॥১৭॥
আপতন্তং রণে তন্তু শঙ্খবর্ণৈর্হয়োত্তমৈঃ। পরিবব্রুস্ততঃ শূরা গজানীকেন সর্ব্বশঃ।
কিরন্তো বিবিধাংস্তীক্ষ্ণান্ সায়কান্ যুযোধিনঃ ॥১৮॥
সাত্বতোঽপি শিতৈর্বাণৈর্গজানীকমযোধয়ৎ। পর্ব্বতানিব বর্ষেণ তপান্তে জলদো মহান্ ॥১৯॥
বজ্রাশনিসমস্পর্শৈর্ব্বধ্যমানাঃ শরৈর্গজাঃ। প্রাদ্রবন্ রণমুৎসৃজ্য শিনিবীরসমীরিতৈঃ ॥২০॥
শীর্ণদন্তা বিরুধিরা ভিন্নমস্তকপিণ্ডিকাঃ। বিশীর্ণকর্ণাস্যকরা বিনিয়ন্তৃপতাকিনঃ ॥২১॥
সংভিন্নবর্ম্মঘণ্টাশ্চ বিনিকৃত্তমহাধ্বজাঃ। হতারোহা দিশো রাজন্! ভেজিরে ভ্রষ্টকম্বলাঃ।
নদন্তো বিবিধান্ নাদান্ জলদোপমনিস্বনাঃ ॥২২॥ (যুগ্মকম্)
নারাচৈর্ব্বৎসদন্তৈশ্চ ভল্লৈরঞ্জলিকৈস্তথা। ক্ষুরপ্রৈরর্দ্ধচন্দ্রৈশ্চ সাত্বতেন বিদারিতাঃ ॥২৩॥
ক্ষরন্তোঽসৃক তথা মূত্রং পুরীষঞ্চ প্রদুদ্রুবুঃ। বভ্রমুশ্চস্খলুশ্চান্যে পেতুর্ম্ম্লুস্তথা পরে ॥২৪॥
(যুগ্মকম্)

---

চুম্না থোৌজিন্নকই ॥১৬॥ মতম অদুদা মুংশিংকী মতৌগুম্ মাঙলবা, কুন্দ-থা অমদি লুপাগী মতৌগুম্না ঙৌরুবা, সারথিন হায়বতা ইল্লবা, জগোঈ শাবগুম্ খোজাপ থাংবা শগোলশিং অদুনা সাত্যকিবু লালকম্ অদুদা পূশিন্নকই ॥১৭॥ মোইবুংগী মতৌগুম্না ঙৌরবা শগোলশিং অদুগী পাম্বৈনা সাত্যকিনা থুনা মাঙনা য়ৌরকপসি উবদা ত্রিগর্ত্তগী অকনবা লান্মীশিং অদুনা মাগী মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা মায়গৈ মরিদগী চেনশিন্নহক্তুনা সাত্যকিবু পূমকোয় কোয়রম্বে ॥১৮॥ কালেম্বানা লোইরবদা ইঙা থানাহৌরক্লবদা নোংগী মশিং লাকগুমজ্রবা ময়ী ময়ীনা চীঙমায়দা ফুজিনবদুগুম্না সাত্যকিনা থৌরথৌরবা তেলগী মপৈমপৈনা শামুশিং অমদি শামুতোংবা লান্মী মপৈঅদু তম্না কাপশিন্নকই ॥১৯॥ বজ্র অমদি নোংথাংনা শোকপা থাবদা চৈনাখোল পীবদুগুম্না শাথিনা চৈনা পীওম্বা সাত্যকিগী খুৎলায়শিং অদুনা পান্বদা চৈনা থাঙবা গুম্দদুনা শামুশিং অদু মায়গৈমম্নি ফাংনা ফারদুনা চেম্নম্বে ॥২০॥ মহারাজ! অদুগী ভুংদা ময়াতেক্লবা, ঈহং নাইহংশারবা, মকোক্ থীনা কায়রবা, মনাকোং মনাতোল তৎলবা-হোগায়রবা, অথোবা মী হাৎপ্রবা, মথক্ত হাম্না ভায়বোৎ নীঙথায়রবা, মগুক্তশিবা শম্নিক তৎপ্রবা, মনমদা কুম্না কি ঈতৎ তৎলবা মথক্তা নাকন্দা থেৎপা ফিরাল মতেক মতেক তেক্লবা, মথক্ত কুম্না মমল য়াম্নবা কম্বল ঈপে শেগায়রবা, নোংখোংবগী মতৌগুম খোংলবা শামুশিং অদুনা মায়কৈ মরি ফাংনা চেম্নরকলে ॥২১-২২॥ সাত্যকিগী য়েন্তৃমমচীন শাবা, শলগী ময়া মাম্নবা মচীন পানবা, তা মানবা, থাঙ মচা ছুরী মানবা, থামচেৎ শানা ময়া পানবা, তেল অমদি খুৎলায়শিং অদুনা পানবদা শামুশিং অদু অমাত্ত অশোয় মকম্ খণ্ডনা, চেম্নচেম্ন মাঙথোক্তুনা মপাঙ্থোক্তোক্তুনা মায়কৈ মরি ফাংনা কোয়চেল চেম্নকলে শামু কয়া কয়ানা কোয়রৈ লৈরি, কয়ানা লৈমায়থক্ত ভুথম্রি, কয়ানা ঈমক্ত নাম্বুরি। কয়ানা মশা চোক্থদুনা

এবং তৎ কুঞ্জরানীকং যুযুধানেন তাপিতম্ । শরৈরগ্ন্যর্কসঙ্কাশৈঃ প্রদুদ্রাব সমন্ততঃ ॥২৫॥
তস্মিন্ হতে গজানীকে জলসন্ধো মহাবলঃ । যত্তঃ সংপ্রাপয়ন্নাগং রজতাশ্বরথং প্রতি ॥২৬॥
রুক্মবর্ণরথঃ শূরস্তপনীয়াঙ্গদঃ শুচিঃ । কুণ্ডলী মুকুটী শঙ্খী রক্তচন্দনরূষিতঃ ॥২৭॥
শিরসা ধারয়ন্ দীপ্তাং তপনীয়ময়ীং স্রজম্ । উরসা ধারয়ন্ নিষ্কং কণ্ঠসূত্রঞ্চ ভাস্বরম্ ॥২৮॥
চাপঞ্চ রুক্মবিকৃতং বিধুন্বন্ গজমূর্দ্ধনি । অশোভত মহারাজ ! সবিদ্যুদিব তোয়দঃ ॥২৯॥
( বিশেষকম্)
তমাপতন্তং সহসা মাগধস্য গজোত্তমম্ । সাত্যকির্বারয়ামাস বেলেবোদ্ধতমর্ণবম্ ॥৩০॥
নাগং নিবারিতং দৃষ্ট্বা শৈনেয়স্য শরোত্তমৈঃ । অক্রুধ্যত মহারাজ ! জলসন্ধো মহাবলঃ ॥৩১॥
ততঃ ক্রুদ্ধো মহাবাহুর্মার্গণৈর্ভারসাধনৈঃ । অবিধ্যত শিনেঃ পৌত্রং জলসন্ধো মহোরসি ॥৩২॥
ততোঽপরেণ ভল্লেন পীতেন নিশিতেন চ । অস্যতো বৃষ্ণিবীরস্য নিচকর্ত্ত শরাসনম্ ॥৩৩॥
সাত্যকিং ছিন্নধন্বানং প্রহসন্নিব ভারত ! । অবিধ্যন্মাগধো বীরঃ পঞ্চভিঃ শিতৈঃ শরৈঃ ॥৩৪॥
স বিদ্ধো বহুভির্ব্বাণৈর্জসন্ধেন বীর্য্যবান্ । নাকম্পত মহাবাহুস্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৩৫॥

---

জানতাদনা কুম্থনখ্রি ॥২৩-২৪॥ মতৌ অমুম্না সাত্যকিগী মুমিৎ অমদি মৈগী তেজগা মান্ননা চৈনাখোল পীওম্না খুৎলায়শিং অসিনা পানবদা শামুশিং অহু অমগমগ থেজাইনদ্রুনা কোয়চেল চেন্নরকলে ॥২৫॥ মতৌ অমুম্না শামুশিং অয়াম্বনা শিনরক্রবা, কোয়চেল চেন্নরক্রবা মতমসিদা জলসন্ধ অসি অশাউবগা লোয়ননা মহাকী শামু মথক্ত তোংগুনা সাত্যকিয়োমদা থৌজিন্নকই ॥২৬॥ মহাক্কী মতুংদা সনাতনা শান্নিবা রথ অম ইন্নরকই। অসিগুম্বা মতম অসিদা থোইনা কন্নবা জলসন্ধ হায়বসি থোইনা নীওথিজে। মাগী পাম্বোম্ অনীদা সনাগী তাল্, মনাকোং অনীদা কুণ্ডলনাইন্, মকোক্ত মণি মুক্তা হৎলবা লুহুপ, মথুত্তমোইবুং, মশাপুম্বা চন্দন, মওক্ত সনম্বীকৃপয়েং, মথবাক্ত মখল মখলগী লৈতেং মথুৎনামদা সনানা হাজং য়ৈরবা লীক্লং অসিপুন্নমক্ অসিনা লৈতেং ওইগুনা জলসন্ধ অসি নোংথাংগা লোইনরবা নোংগী মতৌগুম্না মাগী শামু মথক অহুনা থোইনা নীওখিঅখি ॥২৭-২৮॥ জলসন্ধ শামু অসিনা চওশিন্নক্রবদা, ফুজিন্নকপা ঈথক্ ইপোম্বু চাংজৌ তোর্বান্না ওাক্থোকপহুওম্না সাত্যকিনা মাবু থিংহুনা থমাখি ॥৩০॥

মহারাজ ! মহাকী শামুবু থিংগ্নবা থম্থিবসি উবদা জলসন্ধ অসি থোইদোক্না শাউখি ॥৩১॥ অদুদগী জলসন্ধনা মাগী শামু মথক্তগী থৌরথৌরবা তেল্ মপৈমপৈ কাপশিন্নকহুনা সাত্যকিগী থবাক্ত পাম্বোম্দা কন্না কন্না থাখি ॥৩২॥ অদুগী তুংদা মহাক্না থোইদোক্না থৌরবা য়েক্নবগী ঈ থকওম্বা, ভামচীনশাবা তেল অম কাপথরক্তুনা সাত্যকিগী লীক্লং অদু কককথৎখি ॥৩৩॥ ভরতনন্দন ! মহারাজ ! অদুদগী অমুক্ কন্নবা জলসন্ধ অসিনা নোক্না নোক্না লীক্লং কয়্খ্রবা সাত্যাকগী থবাক্ত তেল মাংখৈনা অমুযুক্তদা থাখি ॥৩৪॥ অদুবু জলসন্ধগী খুৎলায়শিং অহুনা. শাথিনা পান্দুনম্ব সাত্যকি অসি থোঙকম্ অমত য়ৌনা লেংবিখিদে। মাহুমক্ সাত্যকিগী

অচিন্তয়ন্ বৈ স শরান্ নাত্যর্থং সংভ্রমাদ্বলী । ধনুরন্যৎ সমাদায় তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥৩৬॥
এতাবদুক্ত্বা শৈনেয়ো জলসন্ধং মহোরসি । বিব্যাধ ষষ্ট্যা সুভৃশং শরাণাং প্রহসন্নিব ॥৩৭॥
ক্ষুরপ্রেণ সুতীক্ষ্ণেন মুষ্টিদেশে মহদ্ধনুঃ । জলসন্ধস্য চিচ্ছেদ বিব্যাধ চ ত্রিভিঃ শরৈঃ ॥৩৮॥
জলসন্ধস্তু তত্ত্যক্ত্বা সশরং বৈ শরাসনম্ । তোমরং ব্যসৃজত্তূর্ণং সাত্যকিং প্রতি মারিষ ! ॥৩৯॥
স নির্ভিদ্য ভুজং সব্যং মাধবস্য মহারণে । অভ্যগাদ্ধরণীং ঘোরঃ শ্বসন্নিব মহোরগঃ ॥৪০॥
নির্ভিন্নে তু ভুজে সব্যে সাত্যকিঃ সত্যবিক্রমঃ । ত্রিংশতা বিশিখৈস্তীক্ষ্ণৈর্জলসন্ধমতাড়য়ৎ ॥৪১॥
প্রগৃহ্য তু ততঃ খড়্গং জলসন্ধো মহাবলঃ । আর্ষভং চর্ম্ম সুমহচ্ছতচন্দ্রঞ্চ ভানুমৎ ।
তত আবিধ্য তং খড়্গং সাত্বতায়োৎসসর্জ্জ হ ॥৪২॥
শৈনেয়স্য ধনুশ্ছিত্ত্বা স খড়্গো ন্যপতদ্ভুবি । অলাতচক্রবচ্চৈব ব্যরোচত মহীং গতঃ ॥৪৩॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় পরকায়বিদারণম্ । শালস্কন্ধপ্রতীকাশমিন্দ্রাশনিসমস্বনম্ ।
বিস্ফার্য্য বিব্যধে ক্রুদ্ধো জলসন্ধং শরেণ চ ॥৪৪॥

---

অঙকপা শক্তি অমদি মথৌনা অম ওইনা থোকখি ॥৩৫॥ কল্লবা সাত্যকিনা জলসন্ধগী খুৎলায়শিং অহুবু থোইদোক্লা থৌশাবিদনা অতোপ্পা লীরুং অম পায়খৎলগা "খাঙু-খাঙু" অদুম্ হায়না লাউরকই ॥৩৬॥ সাত্যকিনা থৌরবা তেল হুম্ফু্না জলসন্ধগী খবাক্ত কয়া থাখি ॥৩৭॥ অদুদগী ক্ষুর মচীন শাবা থৌরবা তেল অমনা সাত্যকিনা জলসন্ধগী লীরুং অদু খুত্তুম্ মখক্তা কক্থৎখি, অদুদগী তেল অহুম্না মাগী থবাক্ত থাখি ॥৩৮॥ মহারাজ ! জলসন্ধনা মতম্ অদুদা অতেকপা লীরুং অদু লংথোক্থ্রগা থাঙ অপাকপা অতেন্‌বা [খুগ্রী] অম সাত্যকিয়োম্‌দা লংথরকই ॥৩৯॥ অদুদগী থাঙ অদুনা পাইশিল্লকতুনা সাত্যকিগী ওয়থংবা পাম্বোম অদুদগী কাও-দোক্খিদুনা মুংশামপী থবেৎ থবেৎ হোনবা লিল্ অমগী মতৌগুম্না লৈতুংদা মশকুউদমথৈ চগশিন্‌খি ॥৪০॥ ওয়থংবা পাম্বোম থিন্‌গাইখরবদু কাওবদা মরিল লৈরবা সাত্যকিনা থৌরবা তেল কুহু্না শন্তু্না জলসন্ধদা থাখি ॥৪১॥ অদুদগী জলসন্ধনা থা চাম য়েকপা-হৎপা পাক্ চাউরবা চুঙ্গোয় অমগা থাঙশাং অমগা পায়খৎলগা থাঙ অদু উক্তরক্ত লৈরগা সাত্যকি তম্না লংথরকই ॥৪২॥ থাঙ অদুনা সাত্যকিগী লীরুং অদুবু কক্থৎলম্নগা লৈমায়থক্ত চপ্ মুং-হুনা তাখি। তাব মতম অদুদা থাঙ অদু মৈরি থোক্লা চান্নবা থোয়মপ তৌরবা মৈচক্ অমগী মতৌগুম্না চাকতুনা ঈয়ং লংনা লৈখি ॥৪৩॥ অদুদগী সাত্যকি অসি থোইদোক্লা শাঙ-খিদুনা চীঙশাম্বীগুম শাংলবা উইরবা, ইন্দ্রগী বজ্রগী মতৌগুম্না ভংলবা, মাদুদা তেঙ্গা প্লোংলবা তেল্লা মী অমগী হকচাংবু শিংগুপ শানা থিনগাইবা-শেগায়বগ্নবা তেল অম শৎলগা লীরী অদুদু নাকোং মরু য়ৌনা চিংলগা মাদুনা জলসন্ধদা কয়া থাখি ॥৪৪॥ অদুদগী মধুবংশগী অংখোইবা সাত্যকিনা নোক্লা নোক্লা ক্ষুরবচীনশাবা থৌরবা তেল অনী কাপশিল্লকত্ত্না তাগ্রচিংবা

ততঃ সাভরণৌ বাহূ ক্ষুরাভ্যাং মাধবোত্তমঃ। সাত্যকির্জলসন্ধস্য চিচ্ছেদ প্রহসন্নিব ॥৪৫॥
তৌ বাহূ পরিঘপ্রখ্যৌ পেততুর্গজসত্তমাৎ। বসুন্ধরাধরাদ্ভ্রষ্টৌ পঞ্চশীর্ষাবিবোরগৌ ॥৪৬॥
ততঃ সুদংষ্ট্রং সুহনু চারুকুণ্ডলমণ্ডিতম্। ক্ষুরেণাস্য তৃতীয়েন শিরশ্চিচ্ছেদ সাত্যকিঃ ॥৪৭॥
তৎ পাতিতশিরোবাহু কবন্ধং ভীমদর্শনম্। দ্বিরদং জলসন্ধস্য রুধিরেণাভ্যষিঞ্চত ॥৪৮॥
জলসন্ধং নিহত্যাজৌ ত্বরমাণস্তু সাত্বতঃ। নৈষাদিং পাতয়ামাস গজস্কন্ধাদ্বিশাংপতে। ॥৪৯॥
রুধিরেণাবসিক্তাঙ্গো জলসন্ধস্য কুঞ্জরঃ। বিলম্বমান মবহৎ সংশ্লিষ্টং পরমাসনম্ ॥৫০॥
শরার্দ্দিতঃ সাত্বতেন মর্দ্দমানঃ স্ববাহিনীম্। ঘোরমার্ত্তস্বরং কৃত্বা বিদুদ্রাব মহাগজঃ ॥৫১॥
হাহাকারো মহানাসীত্তব সৈন্যস্য মারিষ।। জলসন্ধং হতং দৃষ্ট্বা বৃষ্ণীনামৃষভেণ হ ॥৫২॥
বিমুখাশ্চাভ্যধাবন্ত তব যোধাঃ সমন্ততঃ। পলায়নকৃতোৎসাহা নিরুৎসাহা দ্বিষজ্জয়ে ॥৫৩॥
এতস্মিন্নন্তরে রাজন্! দ্রোণঃ শস্ত্রভৃতাং বরঃ। অভ্যায়াজ্জবনৈরশ্বৈর্যুযুধানং মহারথম্ ॥৫৪॥
তমুদীর্ণং তথা দৃষ্ট্বা শৈনেয়ং কুরুপুঙ্গবাঃ। দ্রোণেনৈব সহ ক্রুদ্ধাঃ সাত্যকিং সমুপাদ্রবন্ ॥৫৫॥

---

লৈতেং য়াওরবা, জলসন্ধগী পাম্বোম অনী অহু ককৃথৎতুনা থাদখি ॥৪৫॥ য়োচ্ছুকী মতৌগুম্না কল্লবা শাংলবা পাম্বোম অনী অহুনা মকোক্ মঙা লোঙবা চাউরবা লিল অনীগী মতৌগুম্না চাউরবা য়াংলবা শামু মথক্ অহুদগী লৈথাদা তারকই ॥৪৬॥

মতম অদুদা সাত্যকিনা ক্ষুর মচীন্ শারবা অহুম কাঙবা তেল অমনা জলসন্ধগী কজয়বা য়া, খদাং. কুণ্ডল নাইরা লৈতেংলবা নাকোং অনীগা লোয়নরবা চাউরবা মকোক অহু ককৃথৎখি ॥৪৭॥ পাম্বোম্ অনীনা কোকা ককৃথ্রবা জলসন্ধগী হকচাং অহুদগী শিন্দ্রকপা ঈ অহুনা মাগী শামু অহু পুম্চোৎ চোৎখি ॥৪৮॥ মহারাজ! সাত্যকিনা জলসন্ধবু অহুম্না হাৎলবা তুংদা শামু থৌবা (মাউৎ) অহুবুসু খুদত্তা হাৎখি ॥৪৯॥ ঈনা মশা পুমলুপ্ সুম্লবা জলসন্ধগী শামু অহুনা মাগী মনম্গন্দগী নাম্বরকৃপা তায়খোৎ অহু মবুক্লোমদা থরাক্-থরাক্ য়ান্দুনা কোয়পু পুদুনা চেল্লম্মি ॥৫০॥ অহুগী তুংদা সাত্যকিগী তেম্না পানবদা চৈনা খাঙবা ওমগ্রবা শামু, শামু অসি মহাকী মীচঙ খাংনীশিং অয়াম্ববু নৈথারমদুনা লাউ থোংর্দ-থোংলদুনা চেন্থি ॥৫১॥ মহারাজ! সাত্যকিনা জলসন্ধবু হাৎখিবসি উবদা কৌরব লান্মী পুম্নমক্না হাহাকার লাউরমি ॥৫২॥ অহুদগীদি মমায় ওনদুনা চেনবদা মথৌনা উৎলবা মহারাজগী কৌরব আন্নৌশিং অসি কাতু কারস্ কোয়চেল্ চেন্নরকলে ॥৫৩॥ মহারাজ! মতম্ তাঙ্গাসিমক্তদা লীকং পাম্নবী অথোইবা দ্রোণাচার্য্য অসি য়াঙ্লবা শগোলশিং অহুগী পাম্নৈনা থুনা য়াঙনা সাত্যকিয়োমদা থৌজিল্লকলে ॥৫৪॥ সাত্যকিগী হৌজিকমক ওইরিবা শক্তি অহু উদুনা কৌরব আন্নৌশিং অমুক

ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং তুমুলং সাত্বতস্য চ। দ্রোণস্য চ রণে রাজন্! ঘোরং দেবাসুরোপমম্ ॥৫৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

জয়দ্রথবধে সাত্যকিপ্রবেশে জলসন্ধনিপাতে

নবনবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

দ্রোণগী মতুং ইমরক্তুনা সাত্যকিরোমদা চেলশিল্লকলে ॥৫৫॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা লালকম্ অহুদা, দ্রোণ অমদি কৌরবশিংনা নাকপাক্ অমদা সাত্যকিনা নাকপাক্ অমদা লেপ্তনা লাইহিংচাবশিংগী লাঞ্জাওগুম্বা কল্লবা লাঞ্জাও অমা থোকখি ॥৫৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মতুংদা সাত্যকি প্রবেশগী মতাংদা জলসন্ধবধগী মরিফুমা পল্ শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## শততমোঽধ্যায়ঃ।

দ্রোণপর্ব্বগী চামশুবা অধ্যায়

( কৃতবর্ম্মাগী পরাজয় )

—:0:—

সঞ্জয় উবাচ।

তে কিরন্তঃ শরব্রাতান্ সর্বে যত্তাঃ প্রহারিণঃ। ত্বরমাণা মহারাজ! যুযুধানমযোধয়ন্ ॥১॥

তং দ্রোণঃ সপ্তসপ্তত্যা জঘান নিশিতৈঃ শরৈঃ। দুর্ম্মর্ষণো দ্বাদশভির্দুঃসহো দশভিঃ শরৈঃ ॥২॥

---

সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ! কুলতুনবদা হৈশিংলবা কৌরবপক্ষগী অথোইবা কল্লবা লাম্মী-শিং অদুবা মাঙা চোকশিন্ন তেন্দ মপৈ মপৈ কাপ্শিল্লক্তুনা সাত্যকিগা কন্না থেংনখি ॥১॥ অদুগী তুংদা দ্রোণনা থোকবা তেন্ হুমফুভরাতরেথম্না, দুর্ম্মর্ষণনা তরানিথোইনা দুঃসহনা তরানা

বিকর্ণশ্চাপি নিশিতৈস্ত্রিংশতা কঙ্কপত্রিভিঃ। বিব্যাধ সব্যে পার্শ্বে তু স্তনয়োরন্তরে তথা ॥৩॥
দুর্ম্মুখো দশভির্বাণৈস্তথা দুঃশাসনোঽষ্টভিঃ। চিত্রসেনশ্চ শৈনেয়ং দ্বাভ্যাং বিব্যাধ মারিষ ! ॥৪॥
দুর্য্যোধনশ্চ মহতা শরবর্ষেণ মাধবম্ ! অপীড়য়দ্রণে রাজন্ ! শূরাশ্চান্যে মহারথাঃ ॥৫॥
সর্ব্বতঃ প্রতিবিদ্ধস্তু তব পুত্রৈর্মহারথঃ। তান্ প্রত্যবিধ্যচ্ছৈনেয়ঃ পৃথক্ পৃথগজিহ্মগৈঃ ॥৬॥
ভারদ্বাজং ত্রিভির্বাণৈর্দুঃসহং দশভিঃ শরৈঃ। বিকর্ণং পঞ্চবিংশত্যা চিত্রসেনঞ্চ সপ্তভিঃ ॥৭॥
দুর্ম্মর্ষণং দ্বাদশভিরষ্টাভিশ্চ বিবিংশতিম্। সত্যব্রতঞ্চ নবভির্বিজয়ং দশভিঃ শরৈঃ ॥৮॥
( যুগ্মকম্ )

ততো রুক্মাঙ্গদং চাপং বিধুন্বানো মহারথঃ। অভ্যয়াৎ সাত্যকিস্তূর্ণং পুত্রং তব মহারথম্ ॥৯॥
রাজানং সর্ব্বলোকস্য সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরম্। শরৈরভ্যহনদ্গাঢ়ং ততো যুদ্ধমভূত্তয়োঃ ॥১০॥
( যুগ্মকম্ )

বিসৃজন্তৌ শরাংস্তীক্ষ্ণান্ সন্দধানৌ চ সায়কান্। অদৃশ্যং সমরেঽন্যোন্যং চক্রতুস্তৌ মহারথৌ ॥১১॥
সাত্যকিঃ কুরুরাজেন নির্বিদ্ধো বহ্বশোভত। অস্রবদ্রুধিরং ভূরি স্বরসং চন্দনো যথা ॥১২॥
সাত্বতেন চ বাণৌঘৈর্নির্ব্বিদ্ধস্তনয়স্তব। শাতকুম্ভময়াপীড়ো বভৌ যূপ ইবোচ্ছ্রিতঃ ॥১৩॥

---

সাত্যকিদা থাখি ॥২॥ বিকর্ণনসু থোরবা তেন কুন্থ্রানা সাত্যকিগী ওয় থংবা নাকৃথং অমদি মথবাক্তদা কম্না থাখি ॥৩॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা দুর্ম্মুখনা তেল্ তরা, দুঃশাসননা তেল নিপাল চিত্রসেননা অনী শত্রুনা সাত্যকিদা কম্না কম্না থাখি ॥৪॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা দুর্য্যোধননা নোংচুবগুম তেল্ মপৈ মপৈ কাপশিল্লক্লনা সাত্যকিদা থাখি। অতোপ অতোপ্পা মহারথীশিংনসু সাত্যকিদা থাজিনখি ॥৫॥ মহারাজ ! নচাঈবুংঙোশিংনা কাপশিল্লক্লবা মতমসিদা সাত্যকিসু তেল মপৈ মপৈনা মখোয়শিংসিদা মীপুম থীৎনা থীৎনা থাখি ॥৬॥ সাত্যকি মথন্তনা দ্রোণদা তেল অহুম্, দুঃসহদা তরা, বিকর্ণদা কুন্দঙা, চিত্রসেনদা তরেৎ, দুর্ম্মর্ষণদা তরানিথোই, বিবিংশতিদা নিপাল, সত্যব্রতদা মাপল, অদুগা বিজয়দা তরা থাখি ॥৭—৮॥ অদুগী তুংদা মহারথী সাত্যকি অসি সনানা হাজং থৈরবা লৌরুং অদু খুদুম্ চেৎনা পাবথংদুনা মহারাজগী মচাঈবুংঙো মহারথী ওইরবা, প্রজাপুম্বগী মবুংঙো খুংলায় পায়বগী মপুংদা অকনবা অহৈবনি হায়না শীঙথানরবা দুর্য্যোধন তম্না চঙশিল্লকই। অদুদগী সাত্যকিনা তেল মরাম্ মনম মনম্ দুর্য্যোধনদা কাপশিল্লকই। অদুদগীদি মখোয় অনীগী মরক্তা অচোবা লান্তাও অদু থোকখি ॥৯—১০॥ অদুগী তুংদা অকনবা অনী অসি অমনা অমদা অতৎ অথম্ থৈজনা কম্না কম্না কাপনরকপদুনা অনীমক অমতা মশক্ উনখিদ্রে ॥১১॥

দুর্য্যোধনগী খুৎলায়না পানবদা সাত্যকি অসি মশাদু ঈহং নাইহং শাদুনা, মহী-মহেন্ থোকোকদুনা শিন্দরবা রক্তচন্দন পাম্বী অমগী মতৌগুম্না থোইনা নীঙথিজখি ॥১২॥ দুর্য্যোধননসু সাত্যকিগী খুৎলায়না পানবা-থাবদা মশাদু ঈনা পূমপুম্ পুমথিদুনা মনা অহিংবনা চ্রোজুনবা থাং

মাধবস্তু রণে রাজন্! কুরুরাজস্য ধন্বিনঃ। ধনুশ্চিচ্ছেদ সহসা ক্ষুরপ্রেণ হসন্নিব।
অথৈনং ছিন্নধন্বানং শরৈর্বহুভিরাচিনোৎ ॥১৪॥
নির্ভিন্নশ্চ শরৈস্তেন দ্বিষতা ক্ষিপ্রকারিণা। নামৃষ্যত রণে রাজা শত্রোর্বিজয়লক্ষণম্ ॥১৫॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় হেমপৃষ্ঠং দুরাসদম্। বিব্যাধ সাত্যকিং তূর্ণং সায়কানাং শতেন হ ॥১৬॥
সোঽতিবিদ্ধো বলবতা তব পুত্রেণ ধন্বিনা। অমর্ষবশমাপন্নস্তব পুত্রমপীড়য়ৎ ॥১৭॥
পীড়িতং নৃপতিং দৃষ্ট্বা তব পুত্রা মহারথাঃ। সাত্বতং শরবর্ষেণ চ্ছাদয়ামাসুরোজসা ॥১৮॥
স চ্ছাদ্যমানো বহুভিস্তব পুত্রৈর্মহারথৈঃ। একৈকং পঞ্চভির্বিদ্ধ্বা পুনর্বিব্যাধ সপ্তভিঃ।
দুর্যোধনঞ্চ ত্বরিতো বিব্যাধাষ্টাভিরাশুগৈঃ ॥১৯॥
প্রহসংশ্চাস্য চিচ্ছেদ কার্ম্মুকং রিপুভীষণম্। নাগং মণিময়ঞ্চৈব শরৈর্ধ্বজমপাতয়ৎ ॥২০॥
হত্বা চ চতুরো বাহাংশ্চতুর্ভির্নিশিতৈঃ শরৈঃ। সারথিং পাতয়ামাস ক্ষুরপ্রেণ মহাযশাঃ ॥২১॥
এতস্মিন্নন্তরে চৈব কুরুরাজং মহারথম্। অবাকিরচ্ছরৈর্হৃষ্টো বহুভির্মর্ম্মভেদিভিঃ ॥২২॥
স বধ্যমানঃ সমরে শৈনেয়স্য শরোত্তমৈঃ। প্রাদ্রবৎ সহসা রাজন্! পুত্রো দুর্যোধনস্তব।
আপ্লুতশ্চ ততো যানং চিত্রসেনস্য ধন্বিনঃ ॥২৩॥

---

চাউরবা যুদ্ধী অমগী মতৌগুম্না থোইনা নীঙথিজখি ॥১৩॥ মহারাজ! ঙহাক লৈরগা সাত্যকিনা নোক্না নোক্না কাপলকপা ক্ষুর মচীনশাবা তেল অমনা দুর্যোধনগী লীক্লং অদু ককৃথৎলগা অমুক্তসু তেক্তনা মাগী মশা অদু পুময়োম্ য়োম্হনখি ॥১৪॥ মথুংথুমবা, মরিল্ লৈরবা সাত্যকিগী তেম্না পানবদা দুর্যোধন অসি য়েক্লবগী মতীকমগুণ অদুবু য়েংদুনা খাঙদুনা লৈবা ঙম্মক্ত্রে ॥১৫॥ অদুদগী মহাক্না সনানা মরুংদা হাজ'রৈবা কল্লবা লীক্লং অম পায়খত্তুনা তেল চাম শত্তুনা অমুক্তদা সাত্যকিনা খাখি ॥১৬॥ মহারাজ! কল্লবা, লাক্‌ঙম্‌কাঙমত্রবা নজাঙ্গবুংঙো দুর্যোননা খারকপসিদা থোইনা শাউরবা সাত্যকিনসু য়াম্না শাখিনা দুর্যোধনদা চৈনা পীরক্লে ॥১৭॥ নিংথৌনা য়াম্না শাখিনা চৈনা কংবা-শোক্পত্ত উবদা দুর্যোধনগী মনাওশিংনা মায়কৈ মরিদগী কাপশিল্লকতুনা সাত্যকিবু তেম্না পুময়োম্ য়োম্হনখ্রে ॥১৮॥ ময়ায় অশুম্না কাপশিল্লক্লবসিদা সাত্যকিনা তেল মঙ্গা-মঙ্গানা মখোয়খুদিংমক্তা থারগা অদুদগী অমুক্তসু মখোয়খুদিংদা তরেৎতরেৎনা অমুক নোংশিল্লগা চৈরক্ অদুদা থৌরবা তেল নিপাম্না দুর্যোধনদা শাখিনা থাখি ॥১৯॥ অদুদগী সাত্যকিনা নোক্না নোক্না দুর্যোধনগী লীক্লং অদু অমুক্তসু ককৃথৎখি। অদুদগী থৌরবা তেল অমনা কিরাল অদু ককৃথৎতুনা থাদখি ॥২০॥ অদুগী তুংদা মিংচৎ চাউরবা সাত্যকিনা থৌরবা তেল্ মরিনা শগোল মরিবু হাৎলগা ক্ষুরমচীনশাবা তেল্ অমনা দুর্যোধনগী সারথিসু মথল্লাই লৌখি ॥২১॥ অদুদগী য়াম্না হরাউ-হুংঙাইনা তেল মনম্ মনম্ কাপশিল্লক্তুনা সাত্যকিনা দুর্যোধনগী মশা অদু তেম্না পুময়োম য়োম্হনখ্রে ॥২২॥ মহারাজ! অদুদগী দুর্যোধন অসি সাত্যকিগী তেলগী

হাহাভূতং জগচ্চাসীদ্দৃষ্ট্বা রাজানমাহবে । গ্রস্তমানং সাত্যকিনা খে সোমমিব রাহুণা ॥২৪॥
তং তু শব্দমথ শ্রুত্বা কৃতবর্ম্মা মহারথঃ । অভ্যয়াৎ সহসা তত্র যত্রাস্তে মাধবঃ প্রভুঃ ॥২৫॥
বিধুন্বানো ধনুঃ শ্রেষ্ঠং চোদয়ংশ্চৈব বাজিনঃ । ভর্ৎসয়ন্ সারথিং চোগ্রং যাহি যাহীতি সত্বরম্ ॥২৬॥
(যুগ্মকম্)

তমাপতন্তং সংপ্রেক্ষ্য ব্যাদিতাস্যমিবান্তকম্ । যুযুধানো মহাবাহু। যন্তারমিদমব্রবীৎ ॥২৭॥
কৃতবর্ম্মা রথেনৈষ দ্রুতমাপততে শরী । প্রত্যুদ্যাহি রথেনৈনং প্রবরং সর্বধন্বিনাম্ ॥২৮॥
ততঃ প্রজবিতাশ্বেন বিধিবৎ কল্পিতেন চ । আসসাদ রণে ভোজং প্রতিমানং ধনুষ্মতাম্ ॥২৯॥
ততঃ পরমসংক্রুদ্ধৌ জ্বলিতাবিব পাবকৌ । সমেয়াতাং নরব্যাঘ্রৌ ব্যাঘ্রাবিব তরস্বিনৌ ॥৩০॥
কৃতবর্ম্মা তু শৈনেয়ং ষড়্‌বিংশত্যা সমার্পয়ৎ । নিশিতৈঃ সায়কৈস্তীক্ষ্ণৈর্যন্তারঞ্চাস্য সপ্তভিঃ ॥৩১॥
চতুরশ্চ হয়োদারাংশ্চতুর্ভিঃ পরমেষুভিঃ । অবিধ্যৎ সাধু দান্তান্ বৈ সৈন্ধবান্ সাত্বতস্য হি ॥৩২॥
রুক্মধ্বজো রুক্মপৃষ্ঠং মহদ্বিস্ফার্য্য কার্ম্মুকম্ । রুক্মাঙ্গদী রুক্মবর্ম্মা রুক্মপুঙ্খৈরবাকিরৎ ॥৩৩॥
ততোঽশীতিং শিনেঃ পৌত্রঃ সায়কান্ কৃতবর্ম্মণে । প্রাহিণোত্বরয়া যুক্তো দ্রষ্টুকামো ধনঞ্জয়ম্ ॥৩৪॥

---

চৈনা অহু থাওবা ওমদহুনা, চেন্তোকৃখিহুনা চিত্রসেনগী রথগী মথক্ত চোংথৎখি ॥২৩॥ মতম্ অসিদা রাহুনা মপুং ফানা উমগদোরবা থাওয়ব সাত্যকিনা উমগদোরবা দুর্য্যোধনগী অবস্থাবু উবদা কৌরবলাক্মী পুম্নমক্ হাহা কার লাউনখি ॥২৪॥ অদুগী তুংদা খোঞ্জেল অদু তাবদা কৃতবর্ম্মা অসি সাত্যকিনা লৈরিবা অদোমদা প্রপ্রপ্ চঙশিল্লকই ; মতম্ অদুদা কৃতবর্ম্মা অসি লীরী খীওলহুনা মখা ক্রক্ ক্রক্ চীক্ত্না "থূনা য়াংনা থৌজিল্লু !"—"থুনা থৌজিল্লু !" হায়না হন্না সারথিদা অকন্‌বা রাহৈনা চৈরচৈরহুনা চঙশিল্লকই ॥২৫-২৬॥ মহারাজ ! ময়া কাথোকহুনা চেঙ্খিল্লকপা যমরাজগী মতৌগুম্নবা কৃতবর্ম্মানা চঙশিল্লকপদু উবদা সাত্যকিনা মাগী সারথিদা অস্থুম্না হায়রকই ঃ—॥২৭॥ "সারথি ! য়েঙু ! আদা কৃতবর্ম্মা আসে রথ মথক্ত তোংহুনা ঐঙোংল্লোমদা কন্না থৌজিল্লকলি । অহুনা মহাক্না লীরং পায়বশিংগী অথোইবা ওইরবা কৃতবর্ম্মা আস তম্না কন্না থৌজিল্লু" ॥২৮॥ অদুদগী য়াওলবা শগোম্না চিংলবা রথদা তোংলিবা সাত্যকি অসি প্রপ্রপ্ চঙশিল্লক্ত্না লীরংপায়বা খিবিক্তী ফিদম্‌কম্ ওইরবা কৃতবর্ম্মাগী মাঙমক্তদা থুংওরে ॥২৯॥ অদুদগীদি অশাউবনা মৈ হৌরবা অকন্‌বা অনীসি কল্লবা, মরিল লৈরবা কৈজাও অনীগী মতৌ-গুম্না অমগমগ তক্‌শিন্নরকই ॥৩০॥ অদুগী তুংদা কৃতবর্ম্মানা থৌরবা তেল্ কুন্তরুক্তা সাত্যকিদা, অতোপ্প তরেৎনা মাগী সারথিদা কন্না খাখি ॥৩১॥ অদুদগী অমুক কৃতবর্ম্মানা থোইদোক্ত থৌরবা তেল্ মরিনা সাত্যকিগী শগোল মরিদা খাখি ॥৩২॥ অদুগী তুংদা সনাহুৎলবা ফিরাঙ্গ লৈতেংবা রথদা তোংলবা, সনাগী তাল্ অমদি সনরীকৃপরেং শিরবা সনাহাজং রৈরবা লানুকুম্রিৎ লীৎপা কৃতবর্ম্মানা মাগী চাউশাংলবা লীরুং অদু লীরি কন্না চিংলগা তেল্ মথল্ মথল্ তোকা খোংল-খোংলহুনা সাত্যকিগী মথক্তা কাপ্প হৌরকলে ॥৩৩॥ অদুগী তুংদা সাত্যকিনা অর্জ্জুনগী

সোঽতিবিদ্ধো বলবতা শত্রুণা শত্রুতাপনঃ । সমকম্পত দুর্দ্ধর্ষঃ ক্ষিতিকম্পে যথাচলঃ ॥৩৫॥
ত্রিষষ্ট্যা চতুরোঽস্যাশ্বান্ সারথিং সপ্তভিঃ শরৈঃ । বিব্যাধ নিশিতৈস্তূর্ণং সাত্যকিঃ কৃতবর্ম্মণঃ ॥৩৬॥
সুবর্ণপুঙ্খং বিশিখং সমাধায় স সাত্যকিঃ । ব্যসৃজত্তং মহাজ্বালং সংক্রুদ্ধমিব পন্নগম্ ॥৩৭॥
সোঽবিশৎ কৃতবর্ম্মাণং যমদণ্ডোপমঃ শরঃ । জাম্বূনদবিচিত্রঞ্চ বর্ম্ম নির্ভিদ্য ভানুমৎ ।
অভ্যগাদ্ধরণীমুগ্রো রুধিরেণ সমুক্ষিতঃ ॥৩৮॥
সঞ্জাতরুধিরশ্চাসৌ সাত্বতেষুভিরর্দ্দিতঃ । সশরং ধনুরুৎসৃজ্য ন্যপতৎ স্যন্দনোত্তমাৎ ॥৩৯॥
স সিংহদংষ্ট্রো জানুভ্যাং পতিতোঽমিতবিক্রমঃ ।
শরার্দ্দিতঃ সাত্যকিনা রথোপস্থান্নরর্ষভঃ ॥৪০॥
সহস্রবাহোঃ সদৃশমক্ষোভ্যমিব সাগরম্ । নিবার্য্য কৃতবর্ম্মাণং সাত্যকিঃ প্রযযৌ পুনঃ ॥৪১॥
খড়্গশক্তিধনুঃকীর্ণাং গজাশ্বরথাকুলাম্ । প্রবর্ত্তিতোগ্ররুধিরাং শতশঃ ক্ষত্রিয়র্ষভৈঃ ॥৪২॥
প্রেক্ষতাং সর্বসৈন্যানাং মধ্যেন শিনিপুঙ্গবঃ । অভ্যগাদ্বাহিনীং ভিত্ত্বা বৃত্রো দেব চমূমিব ॥৪৩॥

(যুগ্মকম্)

---

নাক্ত থুনা য়াওনা য়ৌনিংবগী কৃতবর্ম্মাদা অমুক্তদা থৌরবা তেল্ মরিফু কাপশিল্লকুই ॥৩৪॥ মতম্ অদুদা লাকুণ্ডম্ কাওমত্রবা, য়েক্লবা ওম্‌গন্‌বা কৃতবর্ম্মা অসি কল্লবা য়েক্লবগী খুংলায়না পান্‌বদা, য়ুহারাবদা চৌঙজাওনা নীকপগুম্ নীকখি ॥৩৫॥ অদুগ্‌ তৌরিবৈ মতম্‌দা সাত্যকিনা থৌরবা তেল হুম্ফ্‌মরিনা শগোলশিং অদুদা থারগা তরেৎনা কৃতবর্ম্মাগী সারথিদা কপ্পা থাখি ॥৩৬॥ অদুগী তুংদা অমুক সাত্যকিনা সনানা তেম্না তেম্মৈ পান্‌বা থৌরব লংত্রিকলংবা, শাউরবা লিল্ অমগী মতৌগুম্রবা তেল্ অম লীরী কপ্পা চিংদুনা কৃতবর্ম্মারোম্‌দা কাপ্‌লকুই ॥৩৭॥ য়মরাজগী দণ্ডগুম্বা তেল অদুনা কৃতবর্ম্মাগী হকচাংদা থুম্মা চওখি। সনাহৎপা লংলবা তেল অদুনা লালফুরিৎ অদুবু থদৎলম্‌দুনা, কৃতবর্ম্মাগী ঈন্‌ থক্তুনা নাকল্লোম্‌দগী লীথোকখিদুনা লৈম্বুংদা চওখি ॥৩৮॥ সাত্যকিগী তেলগী মথুল্ অদুদগী কাপথোরক্‌পা ঈগী পেয়েনা কৃতবর্ম্মাগী মশা অদু পূম্‌লূপ লুপথি। মতম্ অদুদা কৃতবর্ম্মা অসি লীক্লং তেল থাদোক্তুনা রথমথক্তগী লৈমায়থক্ত হায়থখি ॥৩৯॥ নোংশাগী শাবান্ মাল্লবা, মমায় পাক্লবা, খ্বাইদগী মিথোই মিহেল্লা মরিল মথৌনা লৈরবা, নিপা অথোইব। কৃতবর্ম্মা অসি সাত্যকিগী খুংলায়না পান্‌বদা চৈনা খাওবা ওমদদুনা লৈমায়থক্ত থুরুখুদক্ কূপ্পা তাখি ॥৪০॥ কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুনগী মতৌগুম্বা থোইনা কল্লবা, সমুদ্রগী মতৌগুম্ মমনা লেওহনবা ওমত্রবা কৃতবর্ম্মাবু পরাজয় তৌরগা সাত্যকি অসি অর্জ্জুন তম্মা চওশিনখি ॥৪১॥ থাঙ তা লীক্লং তেল, শগোল শামু রথনা থল্লবা ; ক্ষত্রিয় শাগৈগী অকল্‌বা চাম-চাম লিশিং লিশিংগী ঈনা থুম্‌হৎলবা কৌরবলাম্বী মপৈ অদুবু নৈহৎলম্‌দুনা, খ্বাইগী মাঙ মক্তদা, থ্বাইনা উনা-উনা, বৃত্রাসুরনা লাইয়াম্ তেজোন্ থুগাইমদুনা চৎখিবগুম্

অযাশস্ত চ হার্দ্দিক্যো গৃহ্ণ চাস্তমহদ্ধনুঃ। তস্থৌ তত্রৈব বলবান্ বারয়ন্ যুধি পাণ্ডবান্ ॥৪৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সাত্যকিপ্রবেশে কৃতবর্ম্মপরাজয়ে শততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

সাত্যকি অসি অর্জ্জুননা লৈরিবা মাযগৈদা চঙশিনখি ॥৪২-৪৩॥ আসোমদনা কৃতবর্ম্মা অসি জ্ঞান তারক্কূনা মহাক্কী চাওরবা লীরুং অদু পায়খত্তূনা, তুংদা লাকৃলিবা পাণ্ডবশিংবু খিংহনা লৈখি ॥৪৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মতুংদা সাত্যকি প্রবেশগী মতাংদা কৃতবর্ম্মা পরাজয়গী চামগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## একাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামগ অমগুবা অধ্যায়

( দ্রোণনা মায়থীবা কংবা )

—:০:—

সঞ্জয় উবাচ।

ক্ষোভ্যমানেষু সৈন্যেষু শৈনেয়েন ততস্ততঃ। ভারদ্বাজঃ শরব্রাতৈর্মহদ্ভিস্তমবাকিরৎ ॥১॥

স সম্প্রহারস্তুমুলো দ্রোণসাত্বতয়োরভূৎ। পশ্যতাং সর্ব্বসৈন্যানাং বলিবাসবয়োরিব ॥২॥

ততো দ্রোণঃ শিনেঃ পৌত্রং চিত্রৈঃ সর্ব্বায়সৈঃ শরৈঃ।
ত্রিভিরাশীবিষাকারৈর্ললাটে সমবিধ্যত ॥৩॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ। সাত্যকিনা কৌরবলান্মীশিংবু থুগাই চাইথাইদুনা লৈরিবা মকম্ অদুদা দ্রোণাচার্য্য অসি চেলশিন্নকুনা তেন্থনা সাত্যকিবু পুমকৃপ কুপশিন্নরে ॥১॥ লান্মী শংাইগীমমাঙদা ইন্দ্রগা বলিগা থেংনবগুম্না সাত্যকিগা দ্রোণগা অকিবা কংনা শাথিনা থেংনখি ॥২॥ ওহাক্ লৈরগা দ্রোণনা থৌরবা য়োৎনা শাবা, মহুপুরবা লিলগুম্বা তেল অহুম্না সাত্যকিগী নাইবক্তা

তৈর্ব্বলাটাপিতৈর্ব্বৈর্যুযুধানঃ স্বলঙ্কৃতঃ। ব্যরোচত মহারাজ! ত্রিশৃঙ্গ ইব পর্ব্বতঃ ॥৪॥
ততোঽস্য বাণানপরানিন্দ্রাশনিসমস্বনান্। ভারদ্বাজোঽন্তরপ্রেক্ষী প্রেষয়ামাস সংযুগে ॥৫॥
তান্ দ্রোণচাপনির্ম্মুক্তান্ দাশার্হঃ পততঃ শরান্। দ্বাভ্যাং দ্বাভ্যাং সুপুঙ্খাভ্যাং চিচ্ছেদ পরমাস্ত্রবিৎ ॥৬॥
তামস্য লঘুতাং দ্রোণঃ সমবেক্ষ্য বিশাংপতে!। প্রহস্য সহসবিধ্যদ্বিংশত্যা শিনিপুঙ্গবম্ ॥৭॥
পুনঃ পঞ্চাশতেষুণাং শতেন চ সমার্পয়ৎ। লঘুতাং যুযুধানস্য লাঘবেন বিশেষয়ন্ ॥৮॥
সমুৎপতন্তি বল্মীকাদ্‌যথা ক্রুদ্ধা মহোরগাঃ। তথা দ্রোণরথাদ্রাজন্! উৎপতন্তি তনুচ্ছিদঃ ॥৯॥
তথৈব যুযুধানেন সৃষ্টাঃ শতসহস্রশঃ। অবাকিরন্ দ্রোণরথং শরা রুধিরভোজনাঃ ॥১০॥
লাঘবাদ্দ্বিজমুখ্যস্য সাত্বতস্য চ মারিষ!। বিশেষং নাধ্যগচ্ছাম সমাবাস্তাং নরর্ষভৌ ॥১১॥
সাত্যকিস্তু ততো দ্রোণং নবভির্নতপর্ব্বভিঃ। আজঘান ভৃশং ক্রুদ্ধো ধ্বজঞ্চ নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥১২॥
সারথিঞ্চ শতেনৈব ভারদ্বাজস্য পশ্যতঃ। লাঘবং যুযুধানস্য দৃষ্ট্বা দ্রোণো মহারথঃ ॥১৩॥
সপ্তত্যা সারথিং বিদ্ধা তুরগাংশ্চ ত্রিভিস্ত্রিভিঃ। ধ্বজমেকেন চিচ্ছেদ মাধবস্য রথে স্থিতম্ ॥১৪॥ (বিশেষকম্)
অথাপরেণ ভল্লেন হেমপুঙ্খেন পত্রিণা। ধনুশ্চিচ্ছেদ সমরে মাধবস্য মহাত্মনঃ ॥১৫॥
সাত্যকিস্তু ততঃ ক্রুদ্ধো ধনুস্ত্যক্ত্বা মহারথঃ। গদাং জগ্রাহ মহতীং ভারদ্বাজায় চাক্ষিপৎ ॥১৬॥

---

থাখি ॥৩॥ মহারাজ! সাত্যকিগী ময়ায়বক্তা তেল অহুম। চপ মুংহনা লৈবহুদা সাত্যকি অগ্নি মতোল অহুম লোওবা চীওহুম্ অমগী মতৌগুম্ নীওখিখি ॥৪॥ অহুগীতু দা দ্রোণনা সাত্যকিগী অহোবা অহু উবা ফংলহনা মখোল হৌরবা, বজ্রগা মান্নবা তেল কয়া মরুম্ সাত্যকিদা কাপশিল্লকই ॥৫॥ লান্দা থোইনা হৈরবা সাত্যকিনা তেম্না তেনমৈ কপ্পনা পাল্লবা থোরবা তেল অনীতনা দ্রোণগী অহুকয়াম্বা তেল ময়াম্ অহু কক্‌থৎখি ॥৬॥ মহারাজ! দ্রোণনা সাত্যকিগী মথুং থ্‌বহু উবদা পেনখিহনা মোমোন্‌নোক্ক্‌না থোরবা তেল কুম্না সাত্যকিদা থাখি ॥৭॥ দ্রোণনা মগাগী খুংথ্‌বহনা সাত্যকিগী খুংথ্‌বদগী হেল্লি হায়বসি উংকে থওহনগে হায়বগীদমক তেল য়াম্থৌ কাপলগা তেলশিং অহনা সাত্যকিদা মৌত্রিঙৈদা অমুকতদা তেল চামা অমুক্ কাপশিল্লকই ॥৮॥ মহারাজ! শাউরবা মহুকল্লবা, চাউরবা লিলশিংনা লৈশোবুংগী মথুল মথুন্দগী চোংথোরকপগুম্ দ্রোণাচার্য্যগী রথ মনুংদগী থম্মোয় হকচাং কায়বা য়ারবা তেল মপৈ মপৈ অহু পাইথোরকই ॥৯॥ মতৌসিগুম্নহনা, সাত্যকিগী রথলোম্‌দগীসু তেল মপৈমপৈ থোরক্ল্‌না দ্রোণতম্না পাঙ্‌শিল্লকই ॥১০॥ ইকায়খুম্নবগী মশক ওইরবা নিংথৌ! দ্রোণ সাত্যকি অনীগী মথুংথ্বহু কনাগীনা হেন্‌বগে হায়বহু কনা অমতনা হায়বা ঙম্‌খিদে। নিপা অথোইবা অনীসিমক অন্না ওইনা তৌই ॥১১॥ অহুগী তুংদা সাত্যকিনা থোইদোক্লা শাউখিহনা থোরবা তেল মাপন্না দ্রোণদা অমদি মাগী ফিরান্দা থাখি। দ্রোণগী মাঙ মক্তদা সাত্যকিনা মাগী সারথিদা তেল চামনা থাখি। মতম্ অহুদা মহারথী দ্রোণনা মহাক্কী মথুং থ্‌বহু উত্‌না তেল হুক্‌তরা অমুক্তদা কাম্নগুম্ কাপশিল্লক্‌না সাত্যকিগী সারথিদা, তেল অহুম্ অহুম্না মাগী শগোল্দা থাবগা তেল অমনা মাগী ফিরাল অহু ককথৎখি ॥১২-১৪॥ অহুগী তুংদা দ্রোণাচার্য্যনা সনানা তেম্না তেম্মৈ পানবা কাম্‌চীন্‌শাবা থোরবা তেল অমনা মহাত্মা ওইরবা সাত্যকিগী লীক্রং অহু কক্‌থৎখি ॥১৫॥ মতম্

তামাপতন্তীং সহসা পট্টবদ্ধময়স্ময়ীম্। ন্যবারয়চ্ছরৈর্দ্রোণো বহুভির্বহুরূপিভিঃ ॥১৭॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় সাত্যকিঃ সত্যবিক্রমঃ। বিব্যাধ বহুভির্বীরো ভারদ্বাজং শিতৈঃ শরৈঃ ॥১৮॥
বিদ্ধা চ সমরে দ্রোণং সিংহনাদমমুঞ্চত। তং বৈ ন মমৃষে দ্রোণঃ সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ ॥১৯॥
ততঃ শক্তিং রণে দ্রোণো রুক্মদণ্ডাময়স্ময়ীম্। তরসা প্রেষয়ামাস মাধবস্য রথং প্রতি ॥২০॥
অনাসাদ্য তু শৈনেয়ং সা শক্তিঃ কালসন্নিভা। ভিত্বা রথং জগামোগ্রা ধরণীং দারুণস্বনা ॥২১॥

ততো দ্রোণং শিনেঃ পৌত্রো রাজন্! বিব্যাধ পত্রিণা।
দক্ষিণং ভুজমাসাদ্য পীড়য়ন্ ভরতর্ষভ। ॥২২॥

দ্রোণোঽপি সমরে রাজন্! মাধবস্য মহদ্ধনুঃ। অর্দ্ধচন্দ্রেণ চিচ্ছেদ রথশক্ত্যা চ সারথিম্ ॥২৩॥
মুমোহ সারথিস্তস্য রথশক্ত্যা সমাহতঃ। স রথোপস্থমাসাদ্য মুহূর্ত্তং বৈ ন্যষীদত ॥২৪॥
চকার সাত্যকী রাজান্! তত্র কর্ম্মাতিমানুষম্। অযোধয়চ্চ যদ্দ্রোণং রশ্মীন্ জগ্রাহ চ স্বয়ম্ ॥২৫॥
ততঃ শরশতেনৈব যুযুধানো মহারথঃ। অবিধ্যদ্ব্রাহ্মণং সংখ্যে হৃষ্টরূপো বিশাংপতে ॥২৬॥
ততো দ্রোণঃ শরান্ পঞ্চ প্রেষয়ামাস ভারত!। তে তস্য কবচং ভিত্বা পপুঃ শোণিতমাহবে ॥২৭॥

---

অদুদা সাত্যকিনা থোইদোক্না শাউখিদুনা অতেকপা লীরুং অদু লংথোক্লগা, গদা অম তাপ পায়খত্তুনা মাদু দ্রোণতয়া লংশিল্লকই ॥১৬॥ সনরুপ্প কিনা কোয়না য়েৎলবা য়োৎকী গদা অদুবা পাইশিল্লরুবদা দ্রোণনা তেল ময়াম্না ভাকথোক্খি ॥১৭॥ মরক্ অদুদা খুৎলৈ থ্রবা সাত্যকিনা অতোপ্প লীরুং পায়খত্তুনা লীরী তংহাপ হাপকত্তুনা, দ্রোণলোমদা তেল মনম্ মনম্ কাপশিল্লকই ॥১৮॥ তেলশিং অদুনা দ্রোণদা কয়া সাত্যকিনা সিংহনাদ লাউবা হৌরকই। খুৎলায় পাইবশিংগী মপুংদা থ্বাইদগী অথোইবা দ্রোণনা সাত্যকিগী সিংহনাদগী খোল্লাউ অদু তাদুনা খাঙদুনা লৈবা ঙম্মক্ত্রে ॥১৯॥ মতম অদুদা মহাক্না সনানা মথোক্ পানবা থৌরবা শাংলবা তা অম পায়খত্তুনা সাত্যকিগী রথতয়া লংশিল্লকই ॥২০॥ যমদণ্ডগা মান্নরবা, মচান্দা মৈহৌরবা, অকিবগী মশক ওইরবা তা অদুনা সাত্যকিদদি পাল্লরদুনা সাত্যকিগী রথ অদুদগী কাওদোকখিদুনা অসোম্ য়াংমদা লৈপাক্ত চপ য়ুংনা তাদুনা লৈখি ॥২১॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ! মতম্ অদুদা সাত্যকিনা য়ায়া শাউখিদুনা দ্রোণবু জয়তোরগে হায়না খন্দুনা দ্রোণগী য়েৎথংবা পাম্বোম্ তয়া থোরবা তেল অম কাপলকই। তেল অদুনা দ্রোণগী পাম্বোমদা কয়া থাখি ॥২২॥ মহারাজ! অদুদগী দ্রোণসু থামচেৎ শাবা তেল অমনা সাত্যকিগী চাউরবা লীরুং অদু ককথৎখি, অদুদগী তা অম লংশিল্লত্তুনা সাত্যকিদা কয়া থাখি ॥২৩॥ তা অদুনা থিনবদা সাত্যকি অসি শুহাক্তং অনান তাদদুনা রথ মথক্ত ভুমিয়া কমুদুনা লৈখি ॥২৪॥ মহারাজ! অদুদগীদি সাত্যকিনা অঙকপা থবক্ অম তৌখি। মাদুদি মহাক্না শগোলগী চুপ্পী মশামক্না পায়না পায়না দ্রোণগা কয়া থেংনবা হৌখি ॥২৫॥ মহারাজ! অদুদগী সাত্যকিনা তেল চামবু অমুক্তদা ওইনা কাপশিল্লকত্তুনা দ্রোণদা থাখি ॥২৬॥ মতম অদুদা দ্রোণসু থৌরবা তেল মঙা কাপশিল্লকত্তুনা সাত্যকিগী লালহুক্তিং

নিবিদ্ধস্তং শরৈর্ঘোরৈরবক্রুধ্যৎ সাত্যকির্ভৃশম্। সায়কান্ ব্যস্তজচ্চাপি বীবো কৃষ্ণরথং প্রতি ॥২৮॥
ততো দ্রোণস্য যন্তারং নিপাত্যৈকেষুণা ভুবি। অশ্বান্ ব্যদ্রাবয়দ্বাণৈর্হতসূতান্ মহারথঃ ॥২৯॥
স রথঃ প্রক্রতঃ সংখ্যে মণ্ডলানি সহস্রশঃ। চকার রাজতো রাজন্। ভ্রাজমান্ ইবাংশুমান্ ॥৩০॥
অভিদ্রবত গৃহ্নীত হয়ান্ দ্রোণস্য ধাবতঃ। ইতি স্ম চুক্রুশুঃ সর্ব্বে রাজপুত্রাঃ সরাজকাঃ ॥৩১॥
তে সাত্যকিমপাস্যাশু রাজন্। যুধি মহারথাঃ। যতো দ্রোণস্ততঃ সর্ব্বে সহসা সমুপাদ্রবন্ ॥৩২॥
তান্ দৃষ্ট্বা প্রদ্রুতান্ সর্ব্বান্ সাত্বতেন শরার্দ্দিতান্। প্রভগ্নং পুনরেবাসীত্তব সৈন্যং সমাকুলম্ ॥৩৩॥
ব্যূহস্য চ পুনর্দ্বারং গত্বা দ্রোণো ব্যবস্থিতঃ। বাতায়মানৈস্তৈরশ্বৈর্হৃতো বৃষ্ণিশরার্দ্দিতঃ ॥৩৪॥
পাণ্ডুপাঞ্চালসংভগ্নং ব্যূহমালোক্য বীর্য্যবান্। শৈনেয়ে নাকরোদ্যত্নং ব্যূহমেবাভ্যরক্ষত ॥৩৫॥
নিবার্য্য পাণ্ডুপাঞ্চালান্ দ্রোণাগ্নিঃ প্রদহন্নিব। তস্থৌ ক্রোধাগ্নিসংদীপ্তঃ কালসূর্য্য ইবোদিতঃ

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সাত্যকিপ্রবেশে দ্রোণপরাজয়ে
একাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

অদু থদংথি তেল অদুনা সাত্যকিগী ঈবু পেন্না থকৃখি ॥২৭॥ মতম অদুদা মরিল লৈরবা, থোরবা সাত্যকিন। থোর থোরবা তেল ঙাক্ত মনম্মনম্ কাপশিল্লকতুনা দ্রোণদা কম্না কম্না চৈনা পীবা হৌরকলে ॥২৮॥ অদুদগী সাত্যকিনা থোরবা তেল অমনা দ্রোণগী সারথিবু লৈমায়থক্ত তুহনপ্রগা শগোল মরি অদুবুসু মথ্বাই লৌখি ॥২৯॥ মহারাজ। মতম অদুদা শাগোলশিং অদুনা কম্না চিংলম্বা রথঅদু মথস্ত সুমিৎ মকোয়গুম্না লালকম অদুদা কোযরৈ লৈদুনা লৈখি ॥৩০॥

মতম অদুদা লালকম্ অদুদা লৈরিবা নিংথৌ অমদি নিংথৌমচাশিং অদুনা "শগোল ফাও। শগোল ফাও।"—হায়না কম্ন কম্ন লাউনখি ॥৩১॥ মহারাজ। অদুদগীদি মহারথীশিং অদুনা সাত্যকিবুসু হন্দোক্লমদুনা দ্রোণনা লৈরিবা মায়কৈ অদোমদা কম্না চেনশিন্নরম্মি ॥৩২॥ সাত্যকিগী তেন্ন পানবদা চৈনা শাথিনা কংলবা লান্মীশিংনা চেম্নবদু উবদা কৌরব লান্মী তেঙ্গোল্ অদু অমুক্ পুমকায় কায়রে—॥৩৩॥ আসোম্দনা সুংশিৎকী মমাঙথানা চেল্লবা শগোলশিং অদু লৈত্রবদুদা দ্রোণ অসি সাত্যকিগী খুৎলায়গী চৈনা শাথিনা কংদুনা ব্যূহগী থোঙদা অমুক্ হঙ্গিন্দুনা লৈখি ॥৩৪॥ কল্লবা দ্রোণ অসি মাগী বেহুগী মচীন্দা অমুক্ হাঞ্জনখিদুন' অদুগা পাণ্ডবশিং অমদি পাঞ্চাল লান্মীশিংনা কম্না তক্‌শিল্লকপদু উবদা সাত্যকিগা অমুক থেংনখিগে হায়বদু খল্লদুনা বেহুগী খোঙ ঙাক্ত্না লেপ্পদুনা লৈখি ॥৩৫॥ প্রলয়গী মতমগী থোকপা সুমিৎকুম্না অশাউবনা মৈ চৌরবা দ্রোণনা পাঞ্চালশিং অমদি পাণ্ডবশিংবু ঙাক্থোক্তুনা লৈখি ॥৩৬॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপার্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মমুংদা সাত্যকি প্রবেশগী মতাংদা দ্রোণপরাজয়গী চামগ অমত্তবা অধ্যায় লোইরে

---

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্ব্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চামগঅনীশুবা অধ্যায় ।

( সাত্যকিনা যবন লান্মীশিংবু মায়থীবা পীবা )

সঞ্জয় উবাচ ।

দ্রোণং স জিত্বা পুরুষপ্রবীরস্তথৈব হার্দ্দিক্যমুখাংস্ত্বদীয়ান্ ।
প্রহস্য সূতং বচনং বভাষে শিনিপ্রবীরঃ কুরুপুঙ্গবাগ্র্য ॥১॥
নিমিত্তমাত্রং বয়মত্র সূত । দগ্ধারয়ঃ কেশবফাল্গুনাভ্যাম্ ।
হতান্ নিহন্মেহ নরর্ষভেণ বয়ং সুরেশাত্মসমুদ্ভবেন ॥২॥
তমেবমুক্ত্বা শিনিপুঙ্গবস্তদা মহাহবে সোঽগ্র্যধনুর্দ্ধরোঽরিহা ।
কিরন্ সমন্তাৎ সহসা শরান্ বলী সমাপতচ্ছ্যেন ইবামিষাশয়া ॥৩॥
তং যান্তমশ্বৈঃ শশিশঙ্খবর্ণৈর্বিগাহ্য সৈন্যং পুরুষপ্রবীরম্ ।
নাশক্নুবন্ বারয়িতুং সমন্তাদাদিত্যরশ্মিপ্রতিমং নরাগ্র্যম্ ॥৪॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ । নিপা অথোইবা, শিনিবংশগী অথোইবা, সাত্যকিনা কৃতবর্ম্মা অমদি দ্রোণ অনীমক্না ঙাকৃলিবা লান্মী তেঙ্গোলবু অমদি দ্রোণ কৃতবর্ম্মামকপুম্ব অময় তৌদুনা য়াম্না হরাউনুংঙাইবগা শোয়ননা মাগী সারথিদা অসুম্না হায়খি ঃ—॥১॥ "সারথি ! অময় ওইরিবসিদা ঐদি অতুক মরৈজবা হায়বদুনি । মরমদি কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীত্তনা লান্স অসে হাম্না ওমদুনা লৈরবগুম্বনি । অদুনা নিপা অথোইবা ইন্দ্রগী মচা অর্জ্জুনা হাম্না হাত্তুনা লোইশ্রবশিং অদুবু ঐনা অমুক্ নামাত ওইনা হাচ্চবনি" ॥২॥ লীরুং পায়বশিংগী মধুংদা অথোইবা ওইরবা, য়েক্লবহাংঙম্বা সাত্যকিনা অসুম্না সারথিদা রা ঙাঙন-ঙাঙনা মায়কৈপুম্বদা তেলশিংবু লিশিং লিশিং কাপথোরক্লুনা লালুকম্ ময়ায়দা চঙশিল্লকৈ ॥৩॥ ভরতনন্দন, মহারাজ ! নিপারক্তগী অথোইবা, তেজলৈরবা পাঙ্গনবা, অমনা খাংবঙম্ত্রবা মথৌনা লৈবা, অঙৈনকনবা অকনবা, ইন্দ্রগা মান্ননা থুকনবা, নোংনা হাইদোকপ্রবদা ঙাম্থোরকপা জুমিৎ কুম্বা সাত্যকিনা জুমিৎ-থাগী মতৌগুম্ তেজ লৈরবা, ঙৌরব শগোম্না চিংবা রথ অদুনা তোংখত্তুনা কৌরব লান্মীশিংবু নৈখাইদুনা চঙলকপ মতম্সিদা কৌরবকী পক্ষদা লৈরিবা কনাগুম্ব অকনবা অমতনসু

অসহ্যবিক্রান্তমদীনসত্ত্বং সর্ব্বে গনা ভারত। যে ত্বদীয়াঃ।
সহস্রনেত্রপ্রতিমপ্রভাবং দিবীব সূর্য্যং জলদব্যপায়ে ॥৫॥ (যুগ্মকম্)
অমর্ষপূর্ণস্ত্বতিচিত্রযোধী শরাসনী কাঞ্চনবর্ম্মধারী।
সুদর্শনঃ সাত্যকিমাপতন্তং ন্যবারয়দ্রাজবরঃ প্রসহ্য ॥৬॥
তয়োরভূদ্ভারত। সম্প্রহারঃ সুদারুণস্তং সমভিপ্রশংসন্।
যোধাস্ত্বদীয়াশ্চ হি সোমকাশ্চ বৃত্রেন্দ্রয়োর্যুদ্ধমিবামরৌঘাঃ ॥৭॥
শরৈঃ সুতীক্ষ্ণৈঃ শতশোঽভ্যবিধ্যৎ সুদর্শনঃ সাত্বতমুখ্যমাজৌ।
অনাগতানেব তু তান্ পৃষৎকান্ চিচ্ছেদ বাণৈঃ শিনিপুঙ্গবোঽপি ॥৮॥
তথৈব শক্রপ্রতিমোঽপি সাত্যকিঃ সুদর্শনে যান্ ক্ষিপতি স্ম সায়কান্।
দ্বিধা ত্রিধা তানকরোৎ সুদর্শনঃ শরোত্তমৈঃ স্যন্দনবর্য্যমাস্থিতঃ ॥৯॥
সংপ্রেক্ষ্য বাণান্ নিহতাংস্তদানীং সুদর্শনঃ সাত্যকিবাণবেগৈঃ।
ক্রোধাৎ প্রদুত্যন্নিব তিগ্মতেজাঃ শরান্ ব্যমুঞ্চত্তপনীয়চিত্রান্ ॥১০॥
পুনঃ স বাণৈস্ত্রিভিরগ্নিকল্পৈরাকর্ণপূর্ণৈর্নিশিতৈঃ সুপুঙ্খৈঃ।
বিব্যাধ দেহাবরণং বিভিদ্য তে সাত্যকেরাবিবিশুঃ শরীরম্ ॥১১॥

---

মাগী মমাঙদা লেপ্তুনা মাবু খিংবা ওমখিদ্রে ॥৪-৫॥ সাত্যকিনা চঙশিল্লকপা মতমসিদা অঙকৃপ কংনা লালোং তোঙান্ তোঙান্বদা শোক্লবা হৈবা, সনানা হুৎলবা লালফুরিৎ লৗৎপা, নিংথৌ অথোইবা সুদর্শন হায়বসি থোইদোক্লা শাউথিদুনা সাত্যকিবু থিংগে-ঙাক্থোকে হায়বগীদমক্ প্রপ্রপ্ চঙশিল্লকৃই ॥৬॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা। মতম অসিদা অকন্বা অনীসিগী অকিবগী মশক ওইরবা তম্থিরবা লাল্লাও অম থোক্খি। অনী অসিগী লাল্উবদা লাইরায়া অহুঙৈ বৃত্রাসুরবুসু ইন্দ্রবুসু চপ্ মান্নবা থা চৎখিখিবগুম্, কৌরবপক্কগী লান্মীশিংনসু অমুগা সোমকশিংনসু চপ্ মান্নবা থাগৎখি ॥৭॥ সুদর্শন কৌবা অকন্বা নিংথৌ অসিনা সাত্বতবংশগী অথোইবা সাত্যকিদা থৌরথৌরবা তেল ঙাক্ত চামচামনা খুজিং ওইদুনা কাপ্শিল্লকৃই। অদুবু সাত্যকিনা তেলশিং অদুবু লম্বখাঙদা মতেকৃমতেক্ তানা কক্থত্তুনা থাদখি ॥৮॥ মতৌ অমুম্না সাত্যকিসু সুদর্শনদা থৌর থৌরবা তেলমক্ত চামচাম, লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইদুনা কাপশিল্লকৃই। অদুবু রথমথক্ত কয়া কয়া সুদর্শননা তেলশিং অদুবু লম্বখাঙদা মতেক অনীনী অহুমহুম্ থোক্ল ককথত্তুনা থাদখি ॥৯॥ সাত্যকিগী তেন্না মাগী খুৎলায় পুন্নবু ককথৎখিবদু উবদা থোইদোক্লা শাউরবা তেজ কল্লবা সুদর্শননা অগোঙ্গী শাবগুম্ মায়কৈমন্নি লৈন-লৈনা সাত্যকিরোম্দা কাপ্শিন্বা হৌরকলে ॥১০॥

সুদর্শননা মাগী লীক্লং অদুবু নাকোং কংনা লীরী চিংদুনা মৈগা মান্নবা তেজ লৈরবা, তেন্না

তথৈব তস্যাবনিপালপুত্রঃ সন্ধায় বাণৈরপরৈর্জ্জ্বলদ্ভিঃ।
আজঘ্নিবাংস্তান্ রজতপ্রকাশাংশ্চতুর্ভিরশ্বাংশ্চতুরঃ প্রসহ্য ॥১২॥
তথা তু তেনাভিহতস্তরস্বী নপ্তা শিনেরিন্দ্রসমানবীর্য্যঃ।
সুদর্শনস্যেষুগণৈঃ সুতীক্ষ্ণৈর্হয়ান্ নিহত্যাশু ননাদ নাদম্ ॥১৩॥
অথাস্য সূতস্য শিরো নিকৃত্য ভল্লেন শক্রাশনিসন্নিভেন।
সুদর্শনস্যাপি শিতেন বীরঃ ক্ষুরেণ চিচ্ছেদ শিরঃ প্রসহ্য ॥১৪॥
সকুণ্ডলং পূর্ণশশিপ্রকাশং ভ্রাজিষ্ণু বক্ত্রং নিচকর্ত্ত দেহাৎ।
পুরা যথা বজ্রধরঃ প্রসহ্য বলস্য সংখ্যেঽতিবলস্য রাজন্ ॥১৫॥
নিহত্য তং পার্থিবপুত্রপৌত্রং রণে যদূনামৃষভস্তরস্বী।
মুদা সমেতঃ পরয়া মহাত্মা ররাজ রাজন্। সুররাজকল্পঃ ॥১৬॥
ততো যযাবর্জ্জুনমেব বীরো নিবার্য্য সৈন্যং তব মার্গণৌঘৈঃ।
সদশ্বযুক্তেন রথেন রাজন্। লোকং বিসিস্মাপয়িষুর্ন্নবীরঃ ॥১৭॥
তত্তস্য বিস্মাপয়নীয়মগ্র্যমপূজয়ন্ যোধবরাঃ সমেতাঃ।
যদ্বর্ত্তমানানিষুগোচরেঽরীন্ দদাহ বাণৈর্হুতভুগ্যথৈব ॥১৮॥

---

তেমৈ কজনা পাল্লবা থৌরবা তেল অহুম্ সাত্যকিদা কাপশিল্লকৃই। তেল অহুম্ অহুনা সাত্যকিগী মশাদা লীৎলিবা য়েন্‌ৎকী লাল্‌ফুরিৎ অদু থিনগাইদুনা সাত্যকিগী হকৃচা মুংদা চণ্ডখি ॥১১॥ অদুদগী অমুক্‌সু সুদর্শননা লংলবা থৌরবা তেল মরিনা সাত্যকিগী শগোল্ মরি অদুদা কন্নঃ থাখি ॥১২॥ সুদর্শননা অসুম্না কন্না কাপশিল্লকৃপা মতমঅসিদা কল্লবা অমদি ইন্দ্রগী মতৌগুম্না থৌনা ফরবা সাত্যকিনা থৌরবা তেল মরি কাপশিল্লক্লুনা সুদর্শনগী শগোল মরি অদু হাত্তোকৃখি। অদুদগী সাত্যকিনা সিংহনাদ কন্না লাউখি ॥১৩॥ অদুগী তুংদা থোইনা কল্লবা সাত্যকিনা ইন্দ্রগী বজ্রগা মান্নরবা, তামচীন্‌শাবা তেল্ অম কাপশিল্লক্লুনা সুদর্শনগী সারথি অদুগী মণক্ ককৃখি। অদুদগী অতোপ্পা থৌরবা তেল অমনা সুদর্শনগী মণক অদুবুসু ককৃতুনা লৈমায়থক্তে থাদখি ॥১৪॥ মহারাজ। মমাঙৈদা ইন্দ্রনা নম্‌থুনা বালাসুর কৌবা দৈত্য অদুগী মণক্‌ককতুনা লৈমায়থক্তে থাদখিবা অদুগুম্না, সাত্যকিনসু সুদর্শনগী কুণ্ডলনাইন্না লৈতেং ওইবা মপুংফারবা থাগুম্না ফজরবা তণ্ডপ তরেংলবা, কোক্ অদুবু মাগী হকৃচাংদগী তোঙাল্ তাহনখি ॥১৫॥ মহারাজ। অদুগী তুংদা, যদুশাগৈগী অথোইবা কল্লবা, মহাত্মা ওইরবা, ইন্দ্রগা মান্ননা মতীক্‌মগুণ লৈরবা সাত্যকি অদু নিংথৌবু অদুগা নিংথৌ মকী মশূ কল্লবা সুদর্শন হায়বদুবু হাত্তুনা থোয়দোক্না মায়থোং মকারাম্ন নীঙথিজখি ফজখি ॥১৬॥ মহারাজ। অদুগী মতুংদা নিপারক্তগী অকন্‌বা, সাত্যকিনা কৌরবলাম্মী শিংবু নৈথাইনৈথাইনা অর্জ্জুননা লৈরিবা মাযকৈদোম্‌দা চণ্ডশিন্‌খি ॥১৭॥ মতম অদুদা, সাত্যকিনা মাগী তেলগী লম্বীদা অপনবা ওইনা লেপ্তনা লৈরম্বা য়েক্কবশিংবু চাকৃথেক্‌লক্লুনা লাল্লক

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সাত্যকিপ্রবেশে সুদর্শননিপাতে
দ্ব্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

——(:০:)——

চঙঙকৃপত্থু উবদা অত্থুগা মানা তোরিবা অঙকৃপা অকিবা থবক্ অত্থু উবদা অউবা মী পুন্নমক্লা মহাকপু থাগৎখি ॥১৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা সাত্যকি প্রবেশগী মতাংদা সুদর্শননিপাতগী চামগঅনীশুবা অধ্যায় লোইরে

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্র্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামগঅহুমশুবা অধ্যায়ঃ

( যবনশিংনা মায়থীবা )

——:০:——

সঞ্জয় উবাচ।

ততঃ স সাত্যকির্ধীমান্ মহাত্মা বৃষ্ণিপুঙ্গবঃ। সুদর্শনং নিহত্যাজৌ যন্তারং পুনরব্রবীৎ ॥১॥
রথাশ্বনাগকলিলং শরশক্ত্যূর্ম্মিমালিনম্। খড়্গমৎস্যং গদাগ্রাহং শূরায়ুধমহাস্বনম্ ॥২॥
প্রাণাপহারিণং ঘোরং বাদিত্রোৎক্রুষ্টনাদিতম্। যোধানামসুখস্পর্শং দুর্দ্ধর্ষং বিজয়ৈষিণাম্ ॥৩॥

সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ। বুদ্ধিমান্ ওইরবা, মহাত্মা ওইরবা অমদি বৃষ্ণিবংশগী অখোইবা সাত্যকিনা লান্দা সুদর্শনবু হাৎলবা তুংঅসিদা সারথিদা হায়রকই ॥১॥ "ঈবুংঙো, সারথি! মহাসমুদ্রগী মশক্ ওইরবা কৌরবলাম্মী মপৈবু হৌজিক্তি ঐখোয়না উচিন্নাচিন্না লাম্হোক্নরকলেদো। লাম্মী ঈপাক্ অদো শাগোলশামুরথখোঙমীনা পীক্ থল্লম্বনি; তেলগা তাগতনা ঈথকইপোম্ঙুম্ হৌরম্বনি। শাংলশাংলবা লংলবা থাঙতনা ঙাগী মতোঙুম্না খুরকৃহাঙদনা চারম্বনি,। গদা অমমম্না ঈশিংদাকৈবা জীবঙুম্ চারম্বনিদো। মহাসাগর অত্থুগী ঈথক্ ইনিন্না লাম্মী লাম্মীশিংগী খোল্লাউতনা

তীর্ণাঃ স্মো দুস্তরং তাত। দ্রোণানীকমহার্ণবম্। জলসন্ধবলেনাজৌ পুরুষাদৈরিবাবৃতম্ ॥৪॥

( বিশেষকম্ )

ততোঽন্যং পৃতনাশেষং মন্যে কুনদিকামিব। তর্ত্তব্যামল্পসলিলাং চোদয়াশ্বানসংভ্রমম্।
হস্তপ্রাপ্তমহং মন্যে সাম্প্রতং সব্যসাচিনম্ ॥৫॥

নির্জ্জিত্য দুর্দ্ধরং দ্রোণং সপদানুগমাহবে। হার্দ্দিক্যং যোধবর্য্যঞ্চ প্রাপ্তং মন্যে ধনঞ্জয়ম্ ॥৬॥
নহি মে জায়তে ত্রাসো দৃষ্ট্বা সৈন্যান্যনেকশঃ। বহ্নেরিব প্রদীপ্তস্য গ্রীষ্মে শুষ্কং তৃণোলপম্ ॥৭॥
পশ্য পাণ্ডবমুখ্যেন যাতাং ভূমিং কিরীটিনা। পত্ত্যশ্বরথনাগৌঘৈঃ পতিতৈর্বিষমীকৃতাম্ ॥৮॥
দ্রবতে তদ্‌য়থা সৈন্যং তেন ভগ্নং মহাত্মনা। রথৈর্বিপরিধাবদ্ভির্গজৈরশ্বৈশ্চ সারথে॥
কৌশেয়ারুণসঙ্কাশমেতদ্ধূয়তে বজঃ ॥৯॥
অভ্যাসস্থমহং মন্যে শ্বেতাশ্বং কৃষ্ণসারথিম্। এষ সংশ্রূয়তে শঙ্খো গাণ্ডীবস্যামিতৌজসঃ ॥১০॥
যাদৃশানি নিমিত্তানি মম প্রাদুর্ভবন্তি বৈ। অনস্তং গত আদিত্যো হন্তা সৈন্ধবমর্জ্জুনঃ।
শনৈর্বিশ্রম্ভয়ন্নশ্বান্ যাহি যত্তোঽবিবাহিনীম্ ॥১১॥

---

ওইরম্বনিদে। মীনিন অহ্ তাবদত নিংদোলঅসে চেনগুম্ চেনগানরম্বনি। পুংশেল যন্ত্রমক্তগী মখোয়্মা মায়গৈপূম্বা পুমনিন নিল্লম্বনি। খোঙ্গেল অহুনা নাকোংদা য়ৈবতদা পুক্লীংদা অমদি খম্মোয়দা অরাবা অকিবা পোকহল্লম্বনি। লালওমনিংবাশিংমক্লস্থ লাকৃওমফাওমদনা লৈরম্বা মওংনিদে। অহুগা জলসন্ধ কোবা মহাক্কী হিংচাবগুম্ব লাম্মীশিংতনা পিক্ থল্লম্বনি ॥২-৪॥ "অহুনা হৌজিক্কি লেমহৌরিবা কৌরবলাম্মীশিংশিবু লাম্হোকপদি পীক্লবা তুরেল অমবু লাম্হোকপগুম্ লায়না লাম্হোকপা ওম্মগনি হায়না খল্লি। মরম অহুনা সারথি! হৌজিক্কি জ্বান তানা, তহাতহাদনা শগোলশিং অসিবু থৌরো। হৌজিক্কি অর্জ্জুনবু খুত্ত হেক্ লাম্ব ফংবগুম্ খল্লে।" ॥৫॥ মাগী মাগী খোঙমী লাম্মীশিংগা লোয়ননা দ্রোণবু অমদি কৃতবর্ম্মাবু জয়তোবা ওমবসিদা অর্জ্জুনগা উনরে হায়না খল্লে ॥৬॥ কালেন্থাদা মৈনা অকংবা নাপীশীংবী মপৈবু উরগা কিদবগুম্মা কৌরবলাম্মী মপৈসিবু উবদা ঐগী পুক্লীংদা হৌজিক করিগুম্বা অকিবা চিংনবা অমত পোক্ত্রে ॥৭॥ সারথি! য়েঙঙ্! পাণ্ডব অথোইবা অর্জ্জুননা চৎথ্রিবা লম্বী অসে আত্থ চুম্থ্রিংচুম্না শগোলশামু রথখোঙমীশিংগী মপৈমপৈনা লৈমায়থক্ত তুহনা অনেমঅরাং নাইনা লৈকুৎ লৈতেং নাইবগুম্ লৈথ্রি ॥৮॥ সারথি! [illegible] অমুকস্থ অহু য়েঙঙ্, মহাত্মা ওইরবা কল্লবা অর্জ্জুননা লীকলম্ থায়হুনা চৎখিবা লম্বী অসোমদা শগোলশামু কয়া কম্না কাতুকারল চেন্নরি।' ভাঙলৈনরবা চোক্শঙবা ফি অমমম্গী মতৌগুম্ ঈনা মচূ শঙলবা উফূল মপৈমপৈশিং অসি হাগৎলকলি ॥৯॥ য়েঙঙ্! সারথি! হায়কম্ লৈতনা তেজলৈরবা গাণ্ডীবগী খোঙ্গেল তারিবসে। অহুনা ঐখোয় অর্জ্জুন লোমদা য়াম নক্শিল্লক্লে হায়না খল্লি ॥১০॥ ঐগী মীৎ নানচিংবা হকচাং কয়াত্ত কাওরিবা অকবা খুদম্শিং অসিনদি অর্জ্জুননা ওসি শোয়দনা মুমিৎ তাগ্রিরৈভেদা জয়দ্রথবু হাৎকদৌরি।

ষট্ত্রেতে সতলত্রাণাঃ সুযোধনপুরোগমাঃ। দংশিতাঃ ক্রূরকর্ম্মাণঃ কাম্বোজা যুদ্ধদুর্ম্মদাঃ ॥১২॥
শরবাণাসনধরা যবনাশ্চ প্রহারিণঃ। শকাঃ কিরাতা দরদা বর্বরাস্তাম্রলিপ্তাঃ ॥১৩॥
বহবোঽন্যে চ ম্লেচ্ছা বৈ বিবিধায়ুধপাণয়ঃ। মামেবাভিমুখাঃ সর্বে তিষ্ঠন্তি সমরার্থিনঃ ॥১৪॥
এতান্ সরথনাগাশ্বান্ নিহত্যাজৌ সপত্তিনঃ। ইদং দুর্গং ময়া ঘোরং তীর্ণমেবোপধারয় ॥১৫॥
(কলাপকম্)

## সূত উবাচ।

ন সম্ভ্রমো মে বার্ষ্ণেয়। বিদ্যতে সত্যবিক্রম।। যদ্যপি স্যাৎ সুসংক্রুদ্ধো জামদগ্ন্যোঽগ্রতস্থিতঃ ॥১৬॥
দ্রোণো বা রথিনাং শ্রেষ্ঠঃ কৃপো মদ্রেশ্বরোঽপি বা। তথাপি সংভ্রমো ন স্যাত্ত্বামাশ্রিত্য মহাভুজ! ॥১৭॥
ত্বয়াস্তু বহবো যুদ্ধে নির্জিতাঃ শত্রুসূদন!। ন চ মে সংভ্রমঃ কশ্চিদ্ভূতপূর্বঃ কদাচন ॥১৮॥
কিমুতৈতৎ সমাসাদ্য বীর। সংযুগগোষ্পদম্। আয়ুষ্মন্। কতমেন ত্বাং প্রাপয়ামি ধনঞ্জয়ম্ ॥১৯॥
কেষাং ক্রুদ্ধোঽসি বার্ষ্ণেয়। কেষাং মৃত্যুরুপস্থিতঃ। কেষাং সংযমনীমদ্য গন্তুমুৎসহতে মনঃ ॥২০॥

---

অদুনা সারথি। শগোলশিং অসিবু পোথা পোথাহন্না তপ্প তপ্প রথ অসি খোদুনা য়েক্লবমরক্ত চঙশিল্লু ॥১১॥ সারথি। তমথিরবা অমদি তমথিরবা থবক্ তৌবতনা মশিঙ্গাং ওইরবা সাথিরবা কাম্বোজগী লাম্মীশিং অসিনা মখুৎমখুত্তা খুখাঙ হাপ্লদুনা মাগী মাগী খুৎলায় শেম্শাগত্তুনা দুর্য্যোধনবু মাঙথাহন্দুনা, অদু আদা লৈরি। অদুগা লীরুংতেল পায়রবা, ফুনগুবনদা থোইনা মখুৎ লোয়রবা যবন, শক কিরাত, দরদ বরর্ব্ব অমদি তাম্রলিপ্ত দেশগী লাম্মী মক্তনা আদা পিক্ থন্না লৈরি। অদুগা অমুক্ য়েঙউ। খুৎলায় মখলমখল পায়রবা ম্লেচ্ছা জাতিগী লাম্মী মপৈমপৈ আদা ঐগী মাঙদা থগুনা লৈরি। শগোলশামু রথ মপৈমপৈনা থল্লবা লাম্মীশিং অসিবুস্থু লাম্হোক্লবগুম্বনি হায়না ঐনা খল্লি! অমনা পাক লাম্হোকপা ওম্মরোইদৌবা লাম্মী তেঙ্গোল অসিবুস্থু মখোয়না লাম্হোক্লবনি হায়না খল্লো ॥১২-১৫॥ সারথিনা হায়ঃ—থাঙ্গৈশেংনা থৌনাকরবা কল্লবা, বৃষ্ণিশাগৈগী অথোইবা। অকনবা ময়ামৃগা থেংনবিখিবা মতমত্তুদা, করিগুম্বা থোইনা শাউরবা পরশুরাম মক লাক্লম্মবস্থ ঐ করিমতা পাখৎপা ফিংগৎপা তৌরম্মোয় ॥১৬॥ অকনবা। রথি অথোইবা দ্রোণ ওইরবস্থু কৃপাচার্য্য ওইরবস্থু নত্রগা শল্যমকস্থু মখোয়পুল্লপা ওইরবস্থু লাক্লম্বা থোক্লবস্থু নহাককুম্বগী আশ্রয়দা লৈরিরা ঐগী পুক্নীংদা পাখৎপা ফিংগৎপা করিমত লৈরম্মোই ॥১৭॥ য়েক্লবা ঙম্বা অকনবা। ঙসিদি অকনবা কয়াবু মায়থীবা পীবিরে মখোয়গী লাঙ্গাওশিং অদুদা—ঐ করিমত চোকথজদে, রাজদে ॥১৮॥ অদুনা অকনবা। অদুক চাউবা লাম্মী ঈপাকপুদি লাম্হোকলক্লগা করিস্থু লৈত্রবা শলখোঙ্গুলগুম্ব লাম্মীশিংবু লাম্হোকপগীদি করি অমুক হায়রুনি। করে,অদুমঙাযরে অর্জ্জুন তান্না ঐ অকনবা নহাকপু চিংশিঞ্জরগে ॥১৯॥ বৃষ্ণিনন্দন। হৌজিক অকনবা নহাক্না কনা কনাগী মথক্ত অশাউবগী মৈচুরগে থনবিরি? কনাকনাগী মৃত্যুবু খুদক অসিদা লাকহল্লগে থন্‌বিরি? কনাকনাগী মৃত্যুবু খুদক অসিদা লাক্‌হনগে

কেষাং যুধি পরাক্রান্তং কালান্তকযমোপমম্। দৃষ্ট্বা বিক্রমসম্পন্নং বিদ্রবিষ্যন্তি সংযুগে।
কেষাং বৈবস্বততো রাজা স্মরতেঽদ্য মহাভুজ ॥২১॥

সাত্যকিরুবাচ।

মুণ্ডানেতান্ হনিষ্যামি দানবানিব বাসবঃ। প্রতিজ্ঞাং পালয়িষ্যামি কাম্বোজানেব মাং বহ।
অদ্যৈষাং কদনং কৃত্বা ক্ষিপ্রং যাস্যামি পাণ্ডবম্ ॥২২॥

অদ্য দ্রক্ষ্যন্তি মে বীর্য্যং কৌরবাঃ সসুযোধনাঃ। মুণ্ডানীকে হতে সূত। সর্ব্বসৈন্যে নিরাকৃতে ॥২৩॥
অদ্য কৌরবসৈন্যস্য দীর্য্যমাণস্য সংযুগে। শ্রুত্বা বিরাবং বহুধা সন্তপ্স্যতি সুযোধনঃ ॥২৪॥
অদ্য পাণ্ডবমুখ্যস্য শ্বেতাশ্বস্য মহাত্মনঃ। আচার্য্যস্য কৃতং মার্গং দর্শয়িষ্যামি সংযুগে ॥২৫॥
অদ্য মদ্বাণনিহতান্ যোধমুখ্যান্ সহস্রশঃ। দৃষ্ট্বা দুর্য্যোধনো রাজা পশ্চাত্তাপং গমিষ্যতি ॥২৬॥
অদ্য মে ক্ষিপ্রহস্তস্য ক্ষিপতঃ সায়কোত্তমান্। অলাতচক্রপ্রতিমং ধনুর্দ্রক্ষ্যন্তি কৌরবাঃ ॥২৭॥
মৎসায়কচিতাঙ্গানাং রুধিরং স্রবতাং বহু। সৈনিকানাং বধং দৃষ্ট্বা সন্তপ্স্যতি সুযোধনঃ ॥২৮॥
অদ্য মে ক্রুদ্ধরূপস্য নিঘ্নতশ্চ বরান্ বরান্। দ্বিরর্জ্জুনমিমং লোকং মংস্যতে স সুযোধনঃ ॥২৯॥

---

থনবিরি? অঙ্গগা কনা কনানা অকনবা নহাক্কী থুংলায়গী চৈনা ফংদুনা যমপুর তাম্ন চৎহন্‌গ্রগে থল্লি? ॥২০॥ অকননা! মহৌশা শ্বভাবনা লান্দা নরিল লৈরবা অদুগা যমরাজগী মতৌগুম্লবা নহাকপু উৎদা কনা কনানা লালাকমদগী নাম্বোকৃশিগে থল্লি? ওসিদি নহাক্কা মায়োক্নবা কনা কনাসু যমরাজনা লৌশিন্‌গে থল্লি? ॥২১॥ সাত্যকিনা হায়ঃ—সারথি! ইন্দ্রনা দানবশিংবু হাৎশিবদুগুম্না মরু কোক্লবা কাম্বোজ লাম্নীশিং অসিবু লোইথোকে থল্লি। ঐ মখোয়বু শোয়দনা হাৎকে হায়না ব্রশল্লিসিননি। অদুনা সারথি! কাম্বোজ লাম্নীশিংনা লৈঙ্গিবা আসোমদা রথ অসি থৌজিল্লু। ঐ ওসি মখোয় অসিবু হাৎলম্লগা অর্জ্জুনগী নাক য়ৌগে ॥২২॥

সারথি! মরুকোক্লবা কাম্বোজলাম্নীশিং অমদি অতৈ অতোপ্পশিং অসিবু হাৎলবা মতুংদা দুর্য্যোধনগা লোয়নবা কৌরবলাম্নীশিংনা ঐগী ঈন্তীক উগনি ॥২৩॥ ওসিদি লাম্নী শংগী অকপ্ অরাউনী খোঞ্জেল তানদা দুর্য্যোধন সুংঙাক্টতনা নীংঙম্‌দবনা প্রোক্ প্রোক্ চাকনি ॥২৪॥ ঐগী থুলায়গী গুরু, পাণ্ডবশিংগী মতুংদা অথোইবা মংপ্পা ওক্টরবা, অর্জ্জুননা তাকৃপিবা লাম্লোং-লম্বী পূম্বা, ওসি, ঐ মরামদা উৎনগে ॥২৫॥ ওসি ঐগী তেম্না পানবদা নিংথৌ লিশিং লিশিংনা লৈমায়থক্তা মংক্লাক থাহনা তুবদু উরগা দুর্য্যোধন অসি অনুতাপকী মৈনা চাক্লথিগনি ॥২৬॥ ওসি ঐ, ঐনা তম্বা শক্তিনা খুৎলৈ থুনা তেল কাপকনি। মৈহৌম্নবা কোয়রৈলৈরবা মৈহুমগুম্না, মায়গৈ মরি কোয়রৈ লৈরকপা ঐগী লীক্রংবু কৌরবলাম্নী পূম্নমক্না উজবা ফংগনি ॥২৭॥ ঐগী তেম্না মশাপূম্‌য়োম্ য়োম্লবা, মশা পূম্বা ঈনা পুংলুপ লুপ্লবা মাগী লাম্নীশিংবু উবদা দুর্য্যোধন অসি ওসি অনুতাপকী মৈনা চাকনি ॥২৮॥ ঐনা ওসি অশাউবনা মৈ হৌদুনা অথোই অথোইবা লাম্নীশিংবু হাৎচিল্লকপা উবদা দুর্য্যোধননা লালকম্‌দা অর্জ্জুন অনী গুরমাল্লে হায়না মখাইনা

অদ্য রাজসহস্রাণি নিহতানি ময়া রণে। দৃষ্ট্বা সুযোধনো রাজা সন্তপ্স্যতি মহামৃধে ॥৩০॥
অদ্য স্নেহঞ্চ ভক্তিঞ্চ পাণ্ডবেষু মহাত্মসু। হত্বা রাজসহস্রাণি দর্শয়িষ্যামি রাজসু।
বলং বীর্য্যং কৃতজ্ঞত্বং মম জ্ঞাস্যন্তি কৌরবাঃ ॥৩১॥
এবমুক্তস্তদা সূতঃ শিক্ষিতান্ সাধুবাহিনঃ। শশাঙ্কসন্নিকাশান্ বৈ বাজিনোঽচূচুদদ্ভৃশম্ ॥৩২॥
তে পিবন্ত ইবাকাশং যুযুধানং হয়োত্তমাঃ। প্রাপয়ন্ যবনান্ শীঘ্রং মনঃপবনরংহসঃ ॥৩৩॥
সাত্যকিং তে সমাসাদ্য পৃতনাস্বনিবর্তিনম্। বহবো লঘুহস্তাশ্চ শরবর্ষৈরবাকিরন্ ॥৩৪॥
তেষামিষুনথাস্ত্রাণি বেগবান্ নতপর্ব্বভিঃ। অচ্ছিনৎ সাত্যকী রাজন্! নৈনং তে প্রাপ্নুবন্ শরাঃ ॥৩৫॥
রুক্মপুঙ্খৈঃ সুনিশিতৈর্গার্দ্ধপত্রৈরজিহ্মগৈঃ। উচ্চকর্ত্ত শিরাংস্যুগ্রো যবনানাং ভুজানপি ॥৩৬॥
শৈক্যায়সানি বর্ম্মাণি কাংস্যানি চ সমন্ততঃ। ভিত্ত্বাদেহাংস্তথা তেষাং শরা জগ্মুর্মহীতলম্ ॥৩৭॥
তে হন্যমানা বীরেণ ম্লেচ্ছাঃ সাত্যকিনা রণে। শতশো ন্যপতন্ রাজন্! ব্যসবো বসুধাতলে ॥৩৮॥
সুপূর্ণায়তনির্ম্মুক্তৈরব্যবচ্ছিন্নপিণ্ডিতৈঃ। পঞ্চ ষট্, সপ্ত চাষ্টৌ চ চিচ্ছেদ যুগপচ্ছরৈঃ ॥৩৯॥

---

খনগ্গরনি ॥২৯॥ ঐনা ঙসি অকনবা নিংথৌ লাম্মী লিশিং লিশিংবু হাৎপা উবদা, দুর্য্যোধন অসি ঙসি লালকম্ ময়ায়দা অনুতাপ তৌগনি ॥৩০॥ সারথি! ঐ ঙসি কৌরব পক্কী নিংথৌ লাম্মী অকনবা লিশিং লিশিংবু হাৎলগা ঐনা পাণ্ডবশিংবু কয়াগী মতীক্ নুংশিজবগে হায়বদু ময়ামদা উৎলমগে। সারথি! ঙসি কৌরবশিংনা ঐগী হকচাংগী, পুক্নীংগী অমদি থম্মোয়গী শক্তিবু উবা ফংগনি। অদুগা পাণ্ডবশিংগী মকমদা মতৌকরম্না তৌবিমল খঙবা উৎপগে হায়বদু ময়ামনা উজহৌগনি ॥৩১॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! সাত্যকিনা অসুম্না হায়রবদা মাগী সারথিনা মহে হৈরবা, লাম্না হন্দ্রবা, রথ পুবা হৈরবা থাগী মঙানগী মতৌগুম্না ভৌরুনরবা শগোলশিং অদুবু থুনা য়াঙনা খৌজিল্লকই ॥৩২॥ অদুদগীদি পুক্নীং অমদি নুংশিৎকী মতৌগুম্ য়াঙলবা শগোলশিং অদুনা আকাশবু য়োংশিল্লগে হায়বগী মতাগুম্ ময়া কাথোকতুনা খোংকাপ কয়া থাংজিল্লকতুনা সাত্যকিবু যবনলাম্মীশিংগী মায়গেরোমদা পুশিল্লকই ॥৩৩॥ সাত্যকিনা চঙশিল্লকপা উবদা মথুৎ থুরবা যবন লাম্মীশিং অদুনা তেন্না নোংচুবগুম্ কাপশিল্লকতুনা সাত্যকিবু তেন্না পুন্নয়োম্ য়োম্হনপ্রে ॥৩৪॥ অদুদগীদি মহারাজ! সাত্যকিনা থৌরবা তেলমপৈ অমনা মখোয়গী তেলশিং অদু লোইনা ককথৎখি। অদুনা অদুক য়াম্বা তেলশিং অদুগী অমতনা সাত্যকিগী মশাদা শোক্পা ঙমহৌদে ॥৩৫॥ অদুগী তুংদা অকিবগী শকফম্ পুরবা সাত্যকিনা সনানা তেন্নৈ তেনকোক্ পানবা থৌরবা লাঙজামতুনা তেন্না পানবা তেল মপৈ মপৈ কাপশিল্লকতুনা যবনশিংগী মকোক্ মপাম্বোমশিং অদু ককথৎখি ॥৩৬॥ সাত্যকিগী তেলশিং অদুনা যবনলাম্মী-শিংগী মশাগী শেক্লেং য়োৎ-ইসপাতনচিংবনা শাবা লালফুরিৎশিং অদু কাণ্ডদৎখিদুনা লৈমুংদা মশক্ উদ-উদমখৈ চঙখি ॥৩৭॥ মহারাজ! কল্লবা সাত্যকিনা অসুম্না হাচ্চিলকপসিদা যবন চাম চাম লিশিং, লিশিংনা অমুক্ অমুক্তা লৈমায়ু থক্তা তুথনখি ॥৩৮॥ নাকোং মরু ফংনা লীরী

[illegible] গাটৈঃ [illegible] সহর্বাদিঃ। পদাতিভিশ্চ বীরেণ সাত্বতেন হতৈ রণে ॥৪০॥
[illegible] ভয়ম্ঃ। এবং ত্বদযবনানীকং হত্বা ছিত্ত্বা চ মাধবঃ ॥৪১॥
[illegible] তদক্ষাম্। কুত্বাংস্ত্র শেণেবঃ শপসংস্থানবং বলম্ ॥৪২॥
( বিশেষকম্)

[illegible] শিরে [illegible] চঃ। ক্ষত্র শক্ত মতীং নীণা [illegible] ॥৪৩॥
[illegible] ষভৌ। বশকৈা স বৃতং সর্ব্বং ত্ত্রাগুৎঃ খমিবাম্বুতম্ ॥৪৪॥
[illegible] তে সাশ্বযানা নিহতাঃ [illegible] বজ্রকর্বিস্তুরাম্ ॥৪৫॥
অগারশিত। স ভয় [illegible] বিচেতসঃ। তিতাঃ সংখ্যে মহারাজ। যুযুধানেন দংশিতাঃ ॥৪৬॥
প [illegible] ভিশ্চ কশাভিশ্চ [illegible] জবমুত্তমমাস্থায় সর্ব্বতঃ প্রাদ্রবন্ ভয়াৎ ॥৪৭॥
কাম্বোজসৈন্যং [illegible] যুধি ভারত। যবনানাঞ্চ তৎসৈন্যং শকানঞ্চ মহদ্বলম্ ॥৪৮॥
ততঃ স পুরুষব্যাঘ্রঃ [illegible] সত্যবিক্রমঃ। প্রহৃষ্টস্তাবকান্ জিত্বা সূতং যাহীত্যচোদয়ৎ ॥৪৯॥
( যুগ্মকম্ )

চিংহুনা ক্ষাপলবুপ সাত্যকিগী তেলশিং অহুনা অমগী মতুদা অম—অমগী মতুং অম—অস্থুম্না মশম্-মশম্মনা অ[illegible] পাংশিল্লকতুনা যবনলাম্মী মঙা মঙা তকক তরুক, তবেৎ তবেৎ, নিপান নিপানবু হাৎখি ॥৩৯॥ মহারাজ। মহাবীর সাত্যকিনা হাচ্চিলকুপা যবন, কাম্বোজ অমদি কিরাতজাতিগী খোঙমীল ম্নাশ' অ[illegible]না তুথরকতুনা লালকম্ অহু মখোযগী মশামক্তনা পুম্কুপ কুপথ্রে। মতৌ-অম্নমা মং[illegible]দা [illegible]কুলবা সাত্যকিনা যবনশিংবু হাৎতুনা কৌরবলাম্মীশং অতৈ অতৈশিংবুস্থ হাৎতুনা মখোযগী শক শয়ং ঈ নাইমক্তনা লালকম্ অহু চঙখোক্ চঙশিল্ তৌবা য়ারক্তরে ॥৪০-৪২॥

মমৈ ককৃপ্রবা উচেক্ ভাক্তগী মতৌগুম্না, তম্থিরবা ক্ষত্রবলাম্মীশিং অহুগী লুহুপ-টুপী য়াওরিবা কোক্ মযাম্ অহুগা লালকম্ অহু শীন্থুংনা কৃপথি ॥৪৩॥ অহুক্ পাক্চাউপ্রবা লালকম্ অহু, শোক্‌প ওপ্রবা, ঈনা পুমতৈ তৈরবা হকচাংশিং অহুনা কূপখিহুনা, কোয়মচু মাল্লবা নোং মতুম মতুম্ন। পুমকপ কপ্থ্রবা অাকাশগী মতৌগুম্না উখি ॥৪৪॥ ব্রজ অমদি নোংথাংগী মতৌগুম্না থোইদোক্ন তেক্ত কল্লবা, তেয়া ফজনা পাল্লবা, সাত্যকিগী তেলশিং অহুনা পানবদা মাগী মাগী শগোম্নচিংবা শাদোংগা লোয়ংনা মথ্বাই থারবা যবনশিং অহুনা লালকম্ অহু থুরক্ হাঙদনা কূপথ্রে ॥৪৫॥ মহারাজ। সাত্যকিনা, থব লেমহোংরিবা, ময়াম্ মপৈদগী কাযনরবা, শিরুমনাক্রম্ তৌহুনা য়াম্ন রানা থাঙলবা, নিংদোল্ চেনগুম্ চেন্গানরবা লাম্মীশিং অহুবুস্থ অহুগা লায়না জয় তৌরে ॥৪৬॥ থরনা মখোঙদা হাপলিবা য়োচ্চৈনা শাক্তৈনা থিল্ল থিল্লহুনা ফুফুহুনা মাগী মাগী শগোলশিং অহুবু মফম্মরাং খঙদনা থুনা য়াঙনা থৌ-খৌহুনা চেম্নথ্রে ॥৪৭॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ। অহুগী তুংদা থাঙ্গৈশেংনমক্ মরিলমথৌনা তৈলবা সাত্যকিনা, অমনা পাক্ ঙক্ত্রবা, লাবুঙম্কাঙমজ্রবা কাম্বোজগী লাম্মীশিং, যবনলাম্মীশিং, পাকচাউরবা শককী

তত্তস্ত সমরে কর্ম্ম দৃষ্ট্বান্যৈরকৃতং পুরা। চারণাঃ সহগন্ধর্ব্বাঃ পূজয়াঞ্চক্রিরে ভৃশম্ ।৫০।
তং যান্তং পৃষ্ঠগোপ্তারমর্জ্জুনস্য মহামৃধে। ন কেচিদভ্যবর্ত্তন্ত তাবকা বৃষ্ণিনন্দনম্ ।৫১।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি
জয়দ্রথবধে সাত্যকিপ্রবেশে যবনপরাজয়ে
ত্র্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।০।*

---

লাম্মীশিং অদুগ। অতোপ্-অতোপ্প কৌরবলাম্মীশিংবু জয় তৌরম্লুনা। "থৌরো হৌজিক্মক্" হায়রুনা সারথিদা যাথং পীথ্রে ॥৪৮-৪৯॥ লান্দা তৌথ্রিবা, সাত্যকিগী অঙকপা, তৌবঙবা থবক্পুম্বচু উবদা নোংমদোন্দা সিদ্ধসাধ্য গন্ধর্ব্ব অমদি চারণশিংনা, থোইদোক্না থাগৎখি ॥৫০॥ বৃষ্ণিনন্দন সাত্যকিনা লাঞ্জাও অদুদা অর্জ্জুনগী হাকয়বা ওইদুনা চঙ্শিল্লকপসিদা কৌরবলাম্মী কনানসু মাগী মমাঙদা লেপ্প ঙমখিথ্রে ॥৫১॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক্লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা হংবা সংহিতদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা সাত্যকি প্রবেশগী মতাংদা যবনপরাজয়গী চামগা অহুমগুবা অধ্যায লোইরে ॥*॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুরধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চামগ মরিশুবা অধ্যায়

( সাত্যকিগী মখুত্ত দুর্য্যোধনচিংবা মায়থীবা )

—:০:—

সঞ্জয় উবাচ।

জাতা যবনকাম্বোন্ যুযুধানস্ততোঽর্জ্জুনম্। জগাম তব সৈন্যস্য মধ্যেন রথিনাং বরঃ ॥১॥
শরদংষ্ট্রো নরব্যাঘ্রো বিচিত্রকবচধ্বজঃ। মৃগান্ ব্যাঘ্র ইবাজিঘ্রংস্তব সৈন্যমভীষয়ৎ ॥২॥
স রথেন চরন্ মার্গান্ ধনুরভ্রাময়দ্ভৃশম্। রুক্মপৃষ্ঠং মহাবেগং রুক্মচন্দ্রকসঙ্কুলম্ ॥৩॥
রুক্মাঙ্গদশিরস্ত্রাণো রুক্মবর্ম্মসমাবৃতঃ। রুক্মধ্বজশরঃ শূরো মেরুশৃঙ্গমিবাবভৌ ॥৪॥
স ধনুর্মণ্ডলঃ সংখ্যে তেজোভাস্বররশ্মিবান্। শরদীবোদিতঃ সূর্য্যো নৃসূর্য্যো বিররাজ হ ॥৫॥
বৃষভস্কন্ধবিক্রান্তো বৃষভাক্ষো নরর্ষভঃ। তাবকানাং বভৌ মধ্যে গবাং মধ্যে যথা বৃষঃ ॥৬॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! মতৌঅসুম্না অকন্বা সাত্যকিনা কৌরবপক্ষগী যবনম্লেচ্ছ-নচিংবজাতিগী লান্মীশিংবু জয় তৌরমন্থনা থুনা য়াওনা অর্জ্জুনগী নাক্ তান্না চৎখি ॥১॥ য়াপম্নেংনা থিন্দোকপগুম্ তেন্দোংদগী তেল ময়াম্না থিন্দোকলিবা, তগুপ্ তরেংবা লালফুরিৎ লীৎপা, ম্লেক্-খোৎলবা ফিরান্না মাগী রথদা লৈতেংবা সাত্যকিনা শক্তীগী সঙ্গদা কৈনা অকিবা পীরক্পা পোক্হল্লকপন্থগুম্না', কৌরবলান্মীশিংগী থম্মোযদা অকিবা মিপাইবা পোক্হন্দুনা অর্জ্জুনগী নাক্ তান্না চঙশিল্লকই ॥২॥ সাত্যকিনা রথ মথক্ অন্থদা তোংনা শতোংনা, সনানা মরক মরক্তা তগুপ্ তবেংনা থাম্নবা, উঈরবা, থা মচেৎ মান্বা সনামণিমুক্তানা হৎলবা লীরুং অন্থবু কোয়হাই হাইর হায়রন্থনা চঙঙকই ॥৩॥ সনাগী তান্নচিংবনা লৈতেংলবা; সনরুপ্প কোম্নেৎ ম্নেৎপা, সনাতনা পূমহৈ ওইনা শারবা লালফুরিৎ লীৎপা, সনাহৎলবা কিরান্না লৈতেংলবা রথদা তোংলবা সাত্যকি অসি মতমঅন্থদা সনক্তীংগী মতৌগুম্ থোইনা নীঙথিজৈ ॥৪॥ মীগী মনুংদা নুমিৎকুম্না সাত্যকি অসি মতম্ অন্থদা শরৎঋতুদা থোরক্পা নুমিৎকী মতৌগুম্না লালুক্তম্ অন্থদা পূম্ঙাল্ ঙ'ন্থি। মরমদি মাগী কোয়রৈ লৈরবা, মাগী লীরুংনা নুমিৎকী মকোয়গুম্নি। মহাক্কী তেজনা নুমিৎকী তেজসি মঙায় ॥৫॥ শল্লাবগী মতৌগুম্না মম্নেং কল্ল-বাংলবা, মমীৎ

মত্তদ্বিরদসঙ্কাশং মত্তদ্বিরদগামিনম্। প্রভিন্নমিব মাতঙ্গং যূথমধ্যে ব্যবস্থিতম্।
ব্যাঘ্রা ইব জিঘাংসন্তস্ত্বদীয়া ব্যদ্রবন্ বনে। ।৭।

দ্রোণানীকমতিক্রান্তং ভোজানীকঞ্চ দুস্তরম্। জলসন্ধার্ণবং তীর্ত্ত্বা কাম্বোজানাঞ্চ বাহিনীম্ ।৮।
হার্দিক্যমকরাম্মুক্তং তীর্ণং বৈ সৈন্যসাগরম্। পারিবব্রুঃ সুসংক্রুদ্ধাস্ত্বদীয়াঃ সাত্যকিং রথাঃ ।৯।

(যুগ্মকম্)

দুর্য্যোধনশ্চিত্রসেনো দুঃশাসনবিংশতী। কুশনির্দুঃ সহশ্চৈব তথা দুর্ম্মর্ষণং ক্রথঃ ।১০।
অন্যে চ বহবঃ শূরাঃ শস্ত্রবন্তো দুরাসদাঃ পৃষ্ঠতঃ সাত্যকিং যান্তমন্বধাবন্নমর্ষিতাঃ ।১১।
অথ শব্দো মহানাসীত্তব সৈন্যস্য মারিষ।। মারুতোদ্ধূতবেগস্য সাগরস্যেব পর্ব্বণি ।১২।
তানভিদ্রবতঃ সর্ব্বান্ সমীক্ষ্য শিনিপুঙ্গবঃ। শনৈর্যাহীতি যন্তারমব্রবীৎ প্রহসন্নিব ।১৩।
ইদমেতি সমুদ্ধূতং ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য বৈ বলম্। মামেবাভিমুখং তূর্ণং গজাশ্বরথপত্তিমৎ ।১৪।
নাদয়দ্বৈ দিশঃ সর্ব্বা রথঘোষেণ সারথে।। পৃথিবীঞ্চান্তরীক্ষঞ্চ কম্পয়ৎ সাগরানপি ।১৫।

( যুগ্মকম্ )

এবং বলার্ণবং তাত। বারয়িষ্যে মহারণে। পৌর্ণমাস্যামিবোদ্ধূতং বেলেব সলিলার্ণবম্ ।১৬।

---

কোইরাওনরবা, মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা, নিপা অথোইবা অসি পাকচাউরবা শন্বী শল্লপকী মরক্তা মবায কানা চৎলিবা চাউরবা শঙ্খাউগুম্ থোইনা নীঙথিজৈ ॥৬॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা, মচুমতারবা শামু লমশাগুম্ তপ্প তপ্প নীঙঙাইবা লৈতন চৎলিবা সাত্যকি অদুবু হাৎকে হায়না থল্লহুনা কোরব তেঙ্গোলগী অকনবশিংনা, কৈ মপৈ অমনা অমুক্তদা ফুজিল্লকপগুম্ সাত্যকিরোমদা ফুজিল্লকই ॥৭॥ সাত্যকিনা দ্রোণগী লান্মী পূম্নমক্ অদুগা ভোজলান্মী পূম্বা জয় তোহুনা লোইখ্রে। সমুদ্রগী মতৌগুম্না পাকচাউরবা জলসন্ধ অমদি কাম্বোজদেশগী লান্মীতেঙ্গোলপুম্বসু জয তৌখ্রে। হায়রিবা লান্মীশিংগী মশক লৌরবা ঈপাক্ অসিদ। কৃতবর্ম্মানা চাউরবা গুম্ভীর অমগুম্না ওন্থোইহুনা শাম্নবগুম্বনি। হায়রিবা লান্মী ঈপাক্ অদুবুসু সাত্যকিনা লাইনা লান্থোকখ্রবনি। অদুবু, নুংঙাইখিদবা-শাউথিবনা কৌরবলান্মী রথীশিংনা মহাক্পু অমুক্ পূমকোয় কোয়খ্রে ॥৮-৯॥ অদুদগী দুর্য্যোধন, চিত্রসেন, দুঃশাসন বিবিংশতি, শকুনি, দুঃসহ, দুর্ম্মর্ষণ অদুগা ক্রথ হায়রিবশিং আসনা অদুগা অতৈ অতৈ কল্ল কল্লবা কৌরব লান্মীশিংনা, অর্জ্জুনগী মনাক্ নক্শিল্লক্রবা সাত্যকিগী মতুংদা প্রপ্রপ্ তান্নরকই ॥১০॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক ওইরবা মহারাজ! মতম্ অদুদা, পূর্ণিমা অমদি অমাবস্যাদা নুংশিৎনা যেরবা সমুদ্রনা ঈথক্ ইপোম হোরকপা অদুগী মতৌগুম্না লান্মীপুম্বদু পূমলেঙ লেঙখি, নিনখোংখি ॥১১॥ মখোয়না পূল্লপ্পা চেলশিল্লকপদ উবা, শিনিবংগী অথোইবা, সাত্যকিনা নোক্ল-নোক্ল মাগী সারথিদা "সারথি! তপ্প তপ্প নীঙঙাইবা লৈতনা থৌ"—অস্তুম্না হায়রকই ॥১৩॥ "সারথি! আহু! দুর্য্যোধনগী খোঙগী লান্মী রথী শগোল-শামুনা থল্লবা লান্মী ময়ামসে পৃথ্বী-লৈমায়সিবু থক্ থক্ নীকহল্লুনা ঐবু তান্নরকলি"—॥১৪-১৫॥ "অহনা ঈবুংঙো! পূর্ণিমাগী তিথিদা ঈপাক্লা জুরার কাহুনা

পশ্য মে সূত ! বিক্রান্তমিন্দ্রস্যেব মহামৃধে । এষ সৈন্যানি শত্রূণাং বিধমামি শিতৈঃ শরৈঃ ॥১৭॥
নিহতানাহবে পশ্য পদাত্যশ্বরথদ্বিপান্ । মচ্ছরৈরগ্নিসঙ্কাশৈর্বিরুদ্ধদেহান্ সহস্রশঃ ॥১৮॥
ইত্যেবং ব্রুবতস্তস্য সাত্যকেরমিতৌজসঃ । সমীপে সৈনিকাস্তে তু শীঘ্রমায়ুর্যুযুৎসবঃ ।
জহ্যাদ্রব ক্ষিপ তৈপ্রেহি ছিন্দ্ধি ভিন্ধীতিবাদিনঃ ॥১৯॥
তানেবং ব্রুবতো বীরান্ সাত্যকির্নিশিতৈঃ শরৈঃ । জঘানত্রিশতানশ্বান্ কুঞ্জরাংশ্চ চতুঃশতান্ ॥২০॥
স সম্প্রহারস্তমুলস্তস্য তেষাঞ্চ ধন্বিনাম্ । দেবাসুররণপ্রখ্যঃ প্রাবর্ত্তত জনক্ষয় ॥২১॥
মেঘজালনিভং সৈন্যং তব পুত্রস্য মারিষ ।। প্রত্যগৃহ্লাচ্ছিনেঃ পৌত্রঃ শরৈরাশীবিষোপমৈঃ ॥২২॥
প্রচ্ছাদ্যমানঃ সমরে শরজালৈঃ স বীর্য্যবান্ । অসম্ভ্রমং মহারাজ ! তাবকানবধীদ্বহূন্ ॥২৩॥
আশ্চর্য্যং তত্র রাজেন্দ্র ! সুমহদ্দৃষ্টবানহম্ । ন মোঘঃ সায়কঃ কশ্চিৎ সাত্যকেরভবৎ প্রভো ! ॥২৪॥
রথনাগাশ্বকলিলঃ পদাত্যূর্ম্মিসমাকুলঃ । শৈনেয়বেলামাসাদ্য স্থিতঃ সৈন্যমহার্ণবঃ ॥২৫॥
সম্ভ্রান্তরথনাগাশ্বমাবর্ত্তত মুহুর্মুহুঃ । তৎসৈন্যমিষুভিস্তেন বধ্যমানং সহস্রশঃ ॥২৬॥

---

ঈথক হৌরবগুম্ ঈথক্ হৌরক্লবা লাম্মী তেঙ্গোল ঈপাক্ অসিবুস্নু লাস্নোক্‌কে" ॥১৬॥ "সারথি ! ইন্দ্রগী শক্তিগুম্বা ঐগী শক্তিবুস্নু নংনা উহৌ। থৌরথৌরবা তেম্বনা মথোয় অসিবু ঐ ঙসি ঈথক হৌরগুম্ ঈথক্ হৌরক্লবা লাম্মী তেঙ্গোল ঈপাক্ অসিবুস্নু লাস্নোক্‌কে"—॥১৬॥ "সারথি ! লোইথোকে" ॥১৭॥ মৈগীতেলগা মাল্লবা ঐগী তেলশিংনা পানবদা মথ্‌াই থারবা শগোল শামু রথী লিশিং লিশিং চাম-চামনা লৈমায়থক্ত হাইথরকপদো—নংস্নু উহৌ" ॥১৮॥ পান্দম্‌নিংঙাই লৈতনা কল্লবা সাত্যকিনা অস্নুম্না হায়রিঙৈসিমক্তদা কৌরবলাম্মীশিং অহুনা "হাৎলু-হাৎলু ! থিল্লু থিল্লু ! কাও-পুল্লু ! কাপ্‌শিললু লংশিললু !"—অস্নুম্না লাউ লাউরহুনা সাত্যকি তম্না চেনশিল্লকই ॥১৯॥ অস্নুম্না মথোয়না লাউহুনা চেল্‌শিল্লকপা মতম্‌হুমক্তদা থুৎলৈ থুরবা সাত্যকিনা কৌরবলাম্মীশিং অহুগী শগোল চহুম্ শামু চামরিবু, অমুক্তদা, থৌর থৌরবা তেম্না থাহুনা হাৎখি ॥২০॥ অহুদগীদি সাত্যকিগা অহুগা অহুক্ য়াম্বা কৌরব লাম্মীশিংগা শক্ক অনীসিগী মরক্তা মমাংঙৈগী লাইহিংচাবগী লাঞ্জাওগুম্না তমথিরবা লাঞ্জাও অম থোকখি। মাহুদা মশীং লাক্‌ঙমল্লবা লাম্মী কয়া কয়ানা মথ্‌াই থাখি ॥২১॥ মহারাজ ! কল্লবা-মরিল্ লৈরবা সাত্যকি মতোম্‌তনা অহুক্ য়াম্বা লাম্মীশিং অহুগা মায়োক্লহুনা থেংনখি ॥২২॥ মহারাজ ! কৌরবপক্কগী লাম্মীশিং অহুনা কাপ্‌শিল্লকপা মশীং লাক্‌ঙমল্লবা তেলশিং অহুনা পুমনোম্ য়োম্‌থবা কাওবা সাত্যকিনা কৌরবলাম্মীশিংবু মশীং লাক্‌ঙম্‌দনা হাৎখি ॥২৩॥

মতীক্ মগুণ চাওরবা নিংথৌ ! মতম অহুদা ঐখোয় কৌরবলাম্মীশিংনা সাত্যকিগী অঙকপা অমা উখিবা হায়রবু সাত্যকিনা কাপ্‌লকপা তেল অমতা অরেম্বদা মাঙদে। তেল শুদিংমক্ মী অমমম্‌দি কোম্নরম্মী ॥২৪॥ অহুদগীদি শগোল শামু রথ থোঙমী লাম্মীনা ক্লবা লাম্মী তেঙ্গোল ঈপাক্ অদো। ঈথক্ অস্নুম্নম্ হৌজিল্লকপনা কোর্বানগী মশক্ ওইরবা সাত্যকিগী মপা মমাঙ হেক য়োবদা চপ্ চপ্ লেপ্পি ; হাইজিনবা কম্নিমতা ওমল্লে ॥২৫॥ সাত্যকিগী

রথিনঃ পত্তিনাগাশ্বসাদিনশ্চ শরাহতাঃ। সম্ভ্রমুস্তত্র তত্রৈব গাবঃ সিংহার্দ্দিতা ইব ॥২৭॥
পদাতিনং রথং নাগং সাদিনং তুরগং তথা। অবিদ্ধং তত্র নাদ্রাক্ষং যুযুধানস্য সায়কৈঃ ॥২৮॥
ন তাদৃক্ কদনং রাজন্! কৃতবাংস্তত্র ফাল্গুনঃ। যাদৃক্ ক্ষয়মনীকানামকরোৎ সাত্যকির্নৃপ ॥২৯॥
অত্যর্জ্জুনং শিনেঃ পৌত্রো যুধ্যতে পুরুষর্ষভঃ। বীতভীর্লঘুসংযুক্তঃ কৃতিত্বং সম্প্রদর্শয়ন্ ॥৩০॥
ততো দুর্য্যোধনো রাজা সাত্বতস্য ত্রিভিঃ শরৈঃ। বিব্যাধ সূতং নিশিতৈশ্চতুরো হয়ান্ ॥৩১॥
সাত্যকিঞ্চ ত্রিভির্বিদ্ধ্বা পুনর্বিব্যাধ সোঽষ্টভিঃ। দুঃশাসনঃ ষোড়শভির্বিব্যাধ শিনিপুঙ্গবম্ ॥৩২॥
শকুনিঃ পঞ্চবিংশত্যা চিত্রসেনশ্চ সপ্তভিঃ। দুঃসহঃ পঞ্চদশভির্বিব্যাধোরসি সাত্যকিম্ ॥৩৩॥
উৎস্ময়ন্ বৃষ্ণিশার্দ্দূলস্তথা বাণৈঃ সমাহতঃ। তানবিধ্যন্মহারাজ! সর্ব্বানেব ত্রিভিস্ত্রিভিঃ ॥৩৪॥
গাঢ়বিদ্ধানরীন্ কৃত্বা মার্গণৈঃ সোঽতিতেজনৈঃ। শৈনেয়ঃ শ্যেনবৎ সংখ্যে ব্যচরল্লঘুবিক্রমঃ ॥৩৫॥
সৌবলস্য ধনুশ্ছিত্ত্বা হস্তাবাপং নিকৃত্য চ। দুর্য্যোধনং ত্রিভির্বাণৈরভ্যবিধ্যৎ স্তনান্তরে ॥৩৬॥
চিত্রসেনং শতেনৈব দশভির্দুঃসহং তথা। দুঃশাসনঞ্চ বিংশত্যা বিব্যাধ শিনিপুঙ্গবঃ ॥৩৭॥

---

থৌর থৌরবা মশীং লাক্তমক্রবা তেলশিং অহুনা পানবদা শগোল শামুশিং মায়কৈ মঙ্গি কাংনা চেন্নরে—পূম্লাও লাংভি। অহুনা লান্মী মপৈ অদো অমুক্মুক্ থংহন থংহন হল্লি ॥২৬॥ অদুগী তুংদা, কৌরব পক্ষগী শগোল তোংবা লান্মী, শামু তোংবা লান্মী খোঙমী রথী চাম চান্না সাত্যকিগী তেন্না থাবদা খাওবা ওম্দহনা, মোংশানা তাম্নক্লবা শল সজু অমগী মতোঙ্গম্ মায়গৈ মরি কোয়রৈ লৈহনা থাংখি ॥২৭॥ মতম অদুদা সাত্যকিগী তেলনা যৌদবা পান্দবা কনাগুম্না মথী খোঙমী অদুগা শগোল শামু অমতা মশক্ উবা ফংখিদ্রে ॥২৮॥ প্রজা পুম্বা ওাক্পিরিবা মহারাজ! মাদুগী তুমিত্তা সাত্যকিনা হাংখিবা লান্মী অদুপ অর্জ্জুনমরুম্ অমুক্তা হাংখিদ্রি ॥২৯॥ অদুগী তুংদা নিপা অথোইবা সাত্যকিনা য়াম্না থুংলৈ থ.না, কারিমতা মিপাইবা কিবা তোদনা, মশাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি উত্না, অর্জ্জুনমক্তদগীম্ হেন্না লাল শোক্লখি ॥৩০॥ অদুগী তুংদা দুর্য্যোধননা থৌরবা তেল অহুম্না সাত্যকিগী সারথীদা থারগা অদুদগী অমুক থৌরবা তেল মরিনা শগোল মরিদা থাখি ॥৩১॥ অদুদগী দুর্য্যোধননা তেল অহুম্না সাত্যকিদা থারগা তেল নিপাল অমনা অমুক্ কন্না থাখি ॥৩২॥ অদুগী তুংদা শকুনিনা তেল কুনমঙা, চিত্রসেননা তরেৎ, দুঃসহনা তেল তরামঙানা সাত্যকিগী থবাক্তা থুম্না থাখি ॥৩৩॥ মহারাজ! মতম অসিদা মথোয়গী তেলশিং অসিগী চৈনাথোল কংনা কংনা সাত্যকিনা নোক্ নোক্ননা মথোয় অমমম্দা, অমতা চীথদনা থৌরবা তেল অহুম্, অহুম্না থাখি ॥৩৪॥ খুৎলৈ থুরবা, মঙ্গিন্ মথৌনা লৈরব সাত্যকিনা শাকু কল্লবা তেল মপৈবু কাপশিন্—কাপশিন্ন, উচেক মপৈ ময়ক্তা খুমুপ্পুনা কাক্নু কারব পাইশিল্লকপগুম্ কোরবলান্মী মরক অদুদা মতম খুদিং ঈয়ো য়োনা কোয়চেল্ চেল্লকই ॥৩৫॥ অদুগী তুংদা মহারাজা শকুনিগী লীরুংবু অহুগা মাগী খুৎথাক্ত অদুবু কক্থৎলগা সাত্যকিনা থৌরবা তেল অহুম্না দুর্য্যোধনগী মথবাক্তা কন্না থাখি॥৩৬॥ অদুগী তুংদা শিনিশাগেগী অথোইবা সাত্যকিনা থৌরবা তেল চামনা চিত্রসেনদা, তরানা

অথাস্তঙ্কস্তুরাদায় শ্যালস্তব বিশাংপতে।। অষ্টাভিঃ সাত্যকিং বিদ্ধা পুনর্বিব্যাধ পঞ্চভিঃ ॥৩৮॥
দুঃশাসনশ্চ দশভিস্তু: সহশ্চ ত্রিভিঃ শরৈঃ। দুর্ম্মুখশ্চ দ্বাদশভী রাজন্! বিব্যাধ সাত্যকিম্ ॥৩৯॥
দুর্য্যোধনস্ত্রিসপ্তত্যা বিদ্ধা ভারত! মাধবম্। ততোহস্য নিশিতৈর্বাণৈস্ত্রিভির্বিব্যাধ সারথিম্ ॥৪০॥
তান্ সর্ব্বান্ সহিতান্ শূরান্ যতমানান্ মহারথান্। পঞ্চভিঃ পঞ্চভির্বাণৈঃ পুনর্বিব্যাধ সাত্যকিঃ ॥৪১॥
ততঃ স রথিনাং শ্রেষ্ঠস্তব পুত্রস্য সারথিম্। প্রজঘানাশু ভল্লেন স হতো ন্যপতদ্ভুবি ॥৪২॥
পতিতে সারথৌ তত্র তব পুত্ররথঃ প্রভো!। বাতায়মানৈস্তৈরশ্বৈরপানীয়ত সঙ্গরাৎ ॥৪৩॥
তথাপরে তব সুতাঃ সৈনিকাশ্চ নরাধিপ!। রাজ্ঞো রথমভিপ্রেক্ষ্য প্রাদ্রবন্ শতশো দিশঃ ॥৪৪॥
ততস্তৎ প্রদ্রুতং সৈন্যং দৃষ্ট্বা ভারত। সাত্যকিঃ। অবাকিরচ্ছরশতৈ রুক্মপুঙ্খৈর্মহারথঃ ॥৪৫॥
বিদ্রাব্য সর্ব্বসৈন্যানি তাবকানি সমন্ততঃ। প্রযযৌ সাত্যকী রাজন্! শ্বেতাশ্বস্য রথং প্রতি ॥৪৬॥
তমরীনাক্রমন্তঞ্চ রক্ষন্তঞ্চৈব সারথিম্। আত্মানং মোচয়ন্তঞ্চ তাবকাঃ সমপুজয়ন্ ॥৪৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি জয়দ্রথবধে সাত্যকিপ্রবেশে দুর্য্যোধনাদিপরাজয়ে চতুরধিকশততমোহধ্যায়ঃ ॥০॥

---

দুঃসহদা, অমুগা কুম্না দুঃশাসনদা থাখি ॥৩৭॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা নশেন্ ঈবুংঙো শকুনিনা অতোপ্পা লীরুং অমা পায়খৎতুনা, তেল নিপান্ন সাত্যকিদা থারগা অদুদগী অমুক তেল নিপান্ন নোচ্ছিল্লি ॥৩৮॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা দুঃশাসননা তেল অহুম, দুর্ম্মুখনা তরানিথোই শত্তুনা সাত্যকিদা থাখি ॥৩৯॥ ভরতনন্দন! অদুগী তুংদা দুর্য্যোধননা তেল হুম্ফু তরাহুমদোই শৎতুনা সাত্যকিদা থারগা থোরবা অহুম অমনা মাগী সারথিদা থাখি ॥৪০॥ কৌরব পক্ষগী অকনবশিং অসিনা মতৌ তশ্মন্না সাত্যকিদা থারক্লবা মতমসিদা অদুগা ময়ামসিনা সাত্যকিবু জয় তৌগে হায়না কন্না হোনরক্লবা মতমসিদা শাউরবা সাত্যকিনা মখোয় থুদিংমক্তা তেল মঙামঙানা কন্না থাখি ॥৪১॥ অদুগী তুংদা রথী অথোইবা সাত্যকিনা তা মচীনশাবা থোরবা তেল অমনা দুর্য্যোধনগী সারথিদা থাখি। মতম অদুদা সারথি অদু লৈমায়থক্তা ওন্থখি ॥৪২॥ মহারাজ! সারথী কক্প্রবা তুং অদুদা শগোলশিং অদুনা রথ অদুবু পুদুনা য়াম্না য়াংনা লালকমৃদগী চেনখি ॥৪৩॥ অদুদগীদি নচাঈবুংঙোশিং অতৈ অতৈনা অদুগা কৌরবলাম্মী, কৌরবলাম্মীশিং অদুনা দুর্য্যোধনদা হন্না য়েং-য়েংলদুনা ময়গৈ মরি ফাংনা চেন্নখি ॥৪৪॥ ভরতনন্দন মহারাজ! অদুদগীদি লাম্মীশিং অদুনা হন্না য়েং য়েংদুনা চেল্লরকপা উবদা সাত্যকিনা সনানা তেন্না পানবা তেল চাম চামনা মখোয়গী মথক্তা কাপশিল্লকই ॥৪৫॥ মহারাজ! সাত্যকিনা মতৌঅশুম্না লাম্মীশিংবু নৈথায়রম্নগা অর্জ্জুনগী নাক্ তাম্ন প্রপ্রপ থোজিল্লকই ॥৪৬॥ মহারাজ! সাত্যকি মথন্তগী য়েক্লববু হাৎপা মশামকপু কন্তবা সারথিবুসু কনবা — হায়বা থবক অহুম্ অসিবু উবদা কৌরব পক্ষগী অকনবা লাম্মীশিংমক্সু সাত্যকিবু হন্না হন্না থাগৎখি ॥৪৭॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা সাত্যকিপ্রবেশগী মতাংদা দুর্য্যোধনগীপরাজয়গী চামমরি শুবা অধ্যায় লোইরে।

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

চামমঙাশুবা অধ্যায়ঃ ॥

( নু' লংহুনা শোক্লবা লাম্মীশিংগী মায়থীবা )

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ ।

তৎ প্রভগ্ন মহাসৈন্যং যান্তং সাত্যকিমর্জ্জুনম । নির্হ্রীবা মম তে পুত্রাঃ কিমকুর্ব্বত বীক্ষ্য বৈ ॥১॥
কথঞ্চৈষাং তদা যুদ্ধে ধৃতিরাসীচ্চ সঞ্জয় ।। শৈনেযে সমনুপ্রাপ্তে সদৃশে সব্যসাচিন ॥২॥
বিদধে বিমু তৎ ক্ষত্রং তে চ যুদ্ধপরাজিতাঃ । কথঞ্চ সাত্যকির্যুদ্ধে ব্যতিক্রান্তো মহাযশাঃ ॥৩॥
কথঞ্চ মম পুত্রাণাং জীবতামেব সঞ্জয় ।। শৈনেযোঽভিযযৌ যুদ্ধে তন্মমাচক্ষ্ব তত্ত্বতঃ ॥৪॥
অত্যদ্ভুতমিদং তাত ! ত্বৎসকাশচ্ছৃণোম্যহম । একস্য বহুভির্যুদ্ধং শত্রুভির্বৈ মহারথৈঃ ॥৫॥
বিপরীতমিদং দৈবং সূত । মন্যে স্থতান্ প্রতি । যত্রাবধ্যন্ত সমরে সাত্বতেন মহারথাঃ ॥৬॥
একস্য হি না পর্য্যাপ্তং মৎসৈন্যং তস্য সঞ্জয় ।। ক্রুদ্ধস্য যুযুধানস্য সর্ব্বে তিষ্ঠন্তু পাণ্ডবাঃ ॥৭॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয় ! সাত্যকিনা কৌরব লাম্মী পূম্নমকপূ নৈথাইরমদুনা অর্জ্জুনগী নাক্ তাম্না চৎপ্রবা তুদা, ঈকায়বা নাইত্রবা ঐগী ঈগী ঈচাশিংনা করি করি তৌখি ॥১॥ সঞ্জয় ! অর্জ্জুনগা চপ মান্নবা সাত্যকিগা মথোয অনীনা তিন্নথ্রবদা ঐগী ঈচাশিং অমাদ কৌরব লাম্মীশিং অদুনা করম্না লালক্মদা খাণ্ডদুনা ঈংখদুনা লৈখিবগে ? ॥২॥ কৌরব লাম্মীশিং অদুনা করি করি তৌখি । হন্না হন্না মাযথীবা কংলবা ঈচাশিংদুনস্থু করি করি তৌখ ? মিংচৎ চাউরবা সাত্যকিদুনস্থু মতৌ করম্না অতৈ অতৈবু মাযথীবা পীথিবগে ? ॥৩॥ সঞ্জয় ! মতৌ করম্না, অদুক্য়াম্ব ঐগী ঈচাশিং অদুনা হিংদুনা লৈরিঙৈমক্তদা সাত্যকিনা মতৌকরম্না অর্জ্জুনগী নাক য়ৌথ্রিবনো মসিপূম্নমক অসি অমত চীথদমখৈ ঐঙোন্দা তম্মু ॥৩॥ ঈবুংঙো, সঞ্জয় ! ঙসিদি মী অমনা মথন্তগা কল্লবালাম্মী ময়ামগা শোক্লবদা মথন্তনা ঙম্থ্রে হায়রবগী অঙকপা রারী অসি নঙোন্দগী তাবা কংলে ॥৫॥ সঞ্জয় ! ঐনা অসুম্ খনবদা ঈচাশিংগী মথক্তা লাই কাওবা য়াম্না য়েংশিল্লমাল্লে । লাইকাওবা ঈচাশিংগী বিকদ্ধদা লৈথ্রে । মাসিগী প্রমাণ হায়রবু সাত্যকি মথন্তনা মহারথী কয়া কয়াবু মায়থীবা পীথ্রিবসিনি ॥৬॥ সঞ্জয় ! শাউরবা সাত্যকি অমতগীদমকস্ত ঐখোয়গী অঙ্গক য়াম্রবা লাম্মীশিং অদুনা মতীক্ চাদ্রবা ! অদুনদি

নির্জ্জিত্য সমরে দ্রোণং কৃতিনং যুদ্ধদুর্ম্মদম্। যথা পশুগণান্ সিংহস্তদ্বদ্ধন্তা সুতান্ মম ॥৮॥
কৃতবর্ম্মাদিভিঃ শূরৈর্যত্তৈর্ব্বহুভিরাহবে। যুযুধানো ন শকিতো জেতুং জেস্ততি মে সুতান্ ॥৯॥
ন চৈতদীদৃশং কর্ম্ম কৃতবাংস্তত্র ফাল্গুনঃ। যাদৃশং কৃতবান্ কর্ম্ম যুদ্ধে বীরঃ প্রতাপবান্ ॥১০॥

সঞ্জয় উবাচ।

শৃণুষ রাজন্। সংগ্রামং নববাজিগজক্ষয়ম্। দুর্য্যোধনাপনীতেন তব দুর্ম্মন্ত্রিতেন চ ॥১১॥
তে পুনঃ সংন্যবর্ত্তন্ত কৃত্বা সংশপথান্ মিথঃ। পরাং যুদ্ধে মতিং ক্রূরাং তব পুত্রস্য শাসনাৎ ॥১২॥
ত্রীণি সাদিসহস্রাণি দুর্য্যোধনপুরোগমা। শককাম্বোজবাহ্লীকা যবনাঃ পারদাস্তথা ॥১৩॥
কুলিন্দাস্তঙ্গন ম্বষ্ঠাঃ পৈশাচাশ্চ সমন্দরাঃ। পার্ব্বতীয়াশ্চ রাজানঃ ক্রুদ্ধাঃ পাষাণপাণয়ঃ ॥১৪॥
অভ্যদ্রবন্ত শৈনেয়ং শলভা ইব পাবকম্। শূরাং পঞ্চশতা রাজন্! শৈনেয়ং সমুপাদ্রবন্ ॥১৫॥
(বিশেষকম্)

ততো রথসহস্রেণ মহারথশতেন চ। দ্বিরদানাং সহস্রেণ দ্বিসাহস্রৈশ্চ বাজিভিঃ ॥১৬॥
শরবর্ষাণি মুঞ্চন্তো বিবিধানি মহারথাঃ অভ্যদ্রবন্ত শৈনেযমসংখ্যেয়াশ্চ পত্তয়ঃ ॥১৭॥ (যুগ্মকম্)
তাংস্তু সংচোদয়ন্ সর্ব্বান্ হতৈনমিতি ভারত।। দুঃশাসতো মহারাজ। সাত্যকিং পর্য্যবারয়ৎ ॥১৮॥

পাণ্ডবশিংগী দমকৃতি কবিঅমুক্ হায়গনি? ॥৭॥ অদুনদি সঞ্জয়, লালদা হৈশিংলবা, লান্দা লাকৃভম্ ফাভমদ্রবা দ্রোণমকৃপু জযতৌদুনা সাত্যকিনা ঐগী ঈচাশিংবু, নোংশা অমতনা শামপৈ অমবু হাৎপদুগুম্না, শোযদনা হাৎলরগনি ॥৮॥ কৃতবর্ম্মানচিংবা কল্ল কল্লবা মহারথীশিংনা কল্লা হোৎনরফাওবদা সাত্যকিবু জযতৌবা ভম্‌খিদ্রে। অদুনদি অদুগুম্বা কল্লবা সাত্যকিনা ঈচাশিংবু শোযদনা হাৎলবা তারে ॥৯॥ মতীকমগুণ চাউরবা, মথৌনামপাঙ্গল লৈরবা সাত্যকিনা তৌখ্রিবা থবক্ অসিদ অর্জ্জুনমক্লবু অমুক্ত তৌখিদ্রে ॥১০॥ সঞ্জযনা হায়ঃ—মহারাজ! মহারাজগী কত্রবা মন্ত্রণাদগী অদুগা দুর্য্যোধনগী কত্রবা নীতিদগী থোকৃখিবা, শগোলশামু তাইবং মী লিশিংলিশিংনা মীকুপ্ত মাংননবগী লাঞ্জাও অদুগী মরমদা অমুক তাথবিরো ॥১১॥ মহারাজগী নঙ্গাঈবুংঙো দুর্য্যোধনগী য়াথ দগী কৌরবলান্মী শং অদু অমুক লালকম্লোম্‌দা মমায ওঙ্খিন্নরকৃসে। হন্দক্তি হন্নর্নুসি, অমগমগ থাদোক্লনুসি হায়না ন্নাশক্লদুনা তম্‌থিরবা শকৃকম্ পুত্থনা লান্দা মাযওঙ্খিল্লকৃই ॥১২॥ মহারাজ। শগোল শামু তোংবা লান্মীলাশিং অচম্, অদুগা শক, কাম্বোজ, বাহ্লীক, যবন, পারদ, কুলিন্দ, তেঙ্গন, অম্বষ্ঠ পৈশাচ, মন্দর অসিনচিংবগী লান্মী শনা অদুগা মখুত্তা নুংহুম্ পাযবা চীংগী চিংনিংথৌশিনা দুর্য্যোধনবু মাঙ শাহন্দুনা, কৌজেং-হারৌ মৈরানবীশিংনা মৈন্নুংদা চোং শল্ হোচ্চিল্লকপগুম্ সাত্যকি তম্না ফূজিল্লকই ॥১৩-১৫॥ অদুগীতুংদা রথীলিশিং অম, মহারথী চাম, শামুতোংবা লান্মীলিশিং অমা, শগোল তোংবা লান্মীলিশিং অনী মথোয়সিগা লোয়ননা নুংহুম্ পায়বা চীংগী লান্মী লিশিংলিশিংনা সাত্যকি তম্না মাগীমাগী খুংঙ য লংশিন্ থাজিল্লকনা চেনশিল্লকৃই ॥১৬-১৭॥

ভরতনন্দন, মহারাজ—! মতম অসিদা "হাৎলু—হাৎলু।" হায়না দুঃশাসননা মাগী লান্মীশিং

তত্রাদ্ভুতমপশ্যাম শৈনেয়চরিতং মহৎ। যদেকো বহুভিঃ সার্দ্ধমসংভ্রান্তমযুধ্যত ॥১৯॥
অবধীচ্চ রথানীকং দ্বিরদানাঞ্চ ভূবলম্। সাদিনশ্চৈব তান্ সর্ব্বান্ দস্যূনপি চ সর্বশঃ ॥২০॥
তত্র চক্রৈর্বিমথিতৈর্ভগ্নৈশ্চ বিবিধায়ুধৈঃ। অক্ষৈশ্চ বিবিধৈর্ভগ্নৈরীশাদণ্ডকবন্ধুরৈঃ ॥২১॥
কুঞ্জরৈর্মথিতৈশ্চৈব ধ্বজৈশ্চ বিনিপাতিতৈঃ। বর্ম্মভিশ্চর্ম্মভিশ্চৈব বিনিকীর্ণৈঃ সমন্ততঃ ॥২২॥
স্রগ্‌ভিরাভরণৈর্বস্ত্রৈরনুকর্ষৈশ্চ মারিষ। সংছন্না বসুধা তত্র দ্যৌর্গ্রহৈরিব ভারত ॥২৩॥ (বিশেষকম্)
গিরিরূপধরাশ্চাপি পতিতাঃ কুঞ্জরোত্তমাঃ। অঞ্জনস্য কুলে জাতা বামনস্য চ ভারত। ॥২৪॥
সুপ্রতীককুলে জাতা মহাপদ্মকুলে তথা। ঐরাবতকুলে চাপি তথান্যেষু কুলেষু চ।
জাতা দন্তিবরা রাজন্! শেরতে স্ম মহাযুধি ॥২৫॥
বনায়ুজান্ পার্ব্বতীয়ান কাম্বোজানথ বাহ্লিকান্। তথা হয়বরান রাজন্। নিজঘ্নে তত্র সাত্যকিঃ ॥২৬॥
নানাদেশসমুত্থাংশ্চ নানাজাত্যাংশ্চ পত্তিকান। নিজঘ্নে তত্র শৈনেয়ঃ শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥২৭॥
তেষু প্রকালামানেষু দস্যূন দুঃশাসনোঽব্রবীৎ। নিবর্ত্তধ্বমধর্ম্মজ্ঞা যুধ্যধ্বং কিং সৃতেন বঃ ॥২৮॥

---

অদুবু থৌজিল্‌থৌজিল্লক্‌না চঙ্‌শিল্লক্‌না মাগী লাম্মীশিংগা লোয়ননা সাত্যকিবু পুম্‌কোয় কোয়শিল্লয়ে ॥১৮॥ মতম অদুদা সাত্যকিগী অঙকপা থবক হায়রবু মা মথন্তনা অদুক য়াম্বা লাম্মীশিং অদুগা কারিমতা ফিংগৎপা পাখৎপা তৌদনা চনীঙতানা শোকনরম্মি অসিনি ॥১৯॥ অদুগা মহাক্না চুম্না শোরুদুনা খাঙদুনা লৈবা অদুতবু নত্তনা, রথী কয়া কয়াবু, শগোল্ শামুগী লাম্মী কয়া কয়াবু অদুগা চীঙমী থোঙমী লাম্মী কযা কয়াবু তুম্না হাৎপস্সু হোয়রক্লে ॥২০॥। ঈকায় খুম্নবগী মশক ওইরবা ভরতনন্দন মহারাজ! মতম অসিদা লালকম অদু রথগী চাকা অতেকপা, কক্‌থ্রবা থাঙ তা মতেক্, মচেৎ মচেৎ থোক্না রথগী মচাং, রথগী মচাক ওইরম্বা অকোনবা অতিংবা উককূকী জাৎ জাৎ, ঈহং নাইহং শানা নৈহৎথ্রবা শামু, শাংলবা ফিরানমপৈ, মায়গৈ পুম্বা পুম্‌চাই চাইনা তারবা থাঙ তা চুঙ্গোয়, ঙকশমদা শিবা মমল য়াম্রবা লীক, মচেৎ মচেৎ থোক্না অমদি উফুল তানা নৈখাইরবা রথ,—অসি পুম্নমক্ অসিনা, গ্রহনচিংবা থরানমিচাক মপৈনা নোংমদোন্ মকোয়বু কূপশিনবদুগুম্না লালক্‌ম্ অদুবু খুরক হাঙদনা কুপশিনখ্রে ॥২১-২৩॥ ভরত নন্দন! অঞ্জন অমদি বামন কৌবা শামুগী বংশদা পোক্লবা রাংচাউরবা শামু কয়া কয়ানা লৈমায়থক্তা তাহ্রনা লৈখি ॥২৪॥ অদুগা মহারাজ! সুপ্রতীক, মহাপদ্ম অমদি ঐরাবত কৌবা শামূশিংসিগী ঈদগী পোকপা চাউয় চাউরবা শামু কয়া কয়া লাঞ্জাও-লালকম্‌থক্ অদুদা তুমিন্ তুমিন তাহ্রনা-হীপতুনা লৈখি ॥২৫॥ মতম্ অসিদা সাত্যকিনা বনায়ু কম্বোজ, বাহ্লীকদেশদা পোক্‌পা; চীঙ লৈবাক্তী রাংচাউরবা শগোল কয়া কায়াবু মশীং লাকঙমদনা হাৎখি ॥২৬॥ অদুগা অতোপ অতোপ্পা দেশ অমদি জাতিগী থোঙমী চাম চাম লিশিং লিশিংবু সাত্যকিনা হাচ্ছিল্লক্লে ॥২৭॥ সাত্যকিনা অসুম্না নৈখাইরক্লবা মতম্‌সিদা দুঃশাসননা চীঙমীশিং অদুদা অসুম্না হায়রকই :— "লালগী ধর্ম্ম খঙদ্রবা লাম্মীশা! করিগী হল্লি? লাল্ তৌ, হন্দোক্লগা করি মহৈ কংগনি?" ॥২৮॥

তাংশ্চাপি ভগ্নান্ সংপ্রেক্ষ্য পুত্রো দুঃশাসনস্তব । পাষাণযোধিনঃ শূরান্ পার্ব্বতীয়ানচোদয়ৎ ॥২৯॥
অশ্মযুদ্ধেষু কুশলা নৈতজ্জানাতি সাত্যকিঃ । অশ্মযুদ্ধমজানন্তং হতৈনং যুদ্ধকামুকম্ ॥৩০॥ (যুদ্ধকম্)
তথৈব কুরবঃ সর্ব্বে নাশ্মযুদ্ধবিশারদাঃ । অভিদ্রবত মা ভৈষ্ট ন বঃ প্রাপ্স্যতি সাত্যকিঃ ॥৩১॥
তে পার্বতীয়া রাজানঃ সর্বে পাষাণপাণয়ঃ । অভ্যদ্রবন্ত শৈনেয়ং রাজানমিব মন্ত্রিণঃ ॥৩২॥
ততো গজাশনপ্রখ্যৈরুপলৈঃ শৈলবাসিনঃ । উদ্যতৈর্যুযুধানস্য পুরস্তে তস্থু বাহবে ॥৩৩॥
ক্ষেপণীয়ৈস্তথাপ্যন্যে সাত্বতস্য বধৈষিণঃ চোদিতাস্তব পুত্রেণ রুরুধুঃ সর্বতো দিশঃ ॥৩৪॥
তেষামাপততামেব শিলাযুদ্ধং চিকীর্ষতাম্ । সাত্যকিঃ প্রতিসন্ধায় নিশিতান্ প্রাহিণোচ্ছরান্ ॥৩৫॥
তামশ্মবৃষ্টিং তুমুলাং পার্বতীয়ৈঃ সমীরিতাম্ । বিভেদোরগসঙ্কাশৈর্নারাচৈঃ শিনিপুঙ্গবঃ ॥৩৬॥
তৈরশ্মচূর্ণৈর্দীপ্যদ্ভিঃ খদ্যোতানামিব ব্রজৈঃ । প্রায়ঃ সৈন্যান্যবধ্যন্ত হাহাভূতানি মারিষ ॥৩৭॥
ততঃ পঞ্চশতাঃ শূরাঃ সমুদ্যতমহাশিলাঃ । নিকৃত্তবাহবো রাজন্ ! নিপেতুর্ধরণীতলে ॥৩৮॥
পুনর্দশশতাশ্চান্যে শতসাহস্রিণস্তথা । সোপলৈর্বাহুভিশ্ছিন্নৈঃ পেতুরপ্রাপ্য সাত্যকিম্ ॥৩৯॥

অদুম্ ওইনমক্, লান্মীশিং অহুনা অসুম্ হন্দোক্লরকপহ উবদা দুঃশাসননা নুংপায়বা, নু থাদখোক্থলংনবদা হৈশিংলবা চীঙগী লাম্মীশিং অদুদা অস্থুমা হায়রক্-লাউরক্কি—"অকন্‌বশা ! তাও ! সাত্যকি হায়বা অসে, নুংগী লান্দি হৈতবনি। অদুগা লান্দি যাম্না পাম্বনি। নখোয় মযাম্না নুংগী লাল্ হৈতনা সাত্যকি অসবু হাৎননবা তৌ" ॥২৯-৩০॥ "অদুগা অতৈ অতৈ কুরুবংশগী লাম্মী নিংথৌ কনাসু নুং লংনবা থাদনবগী লাল অমু হৈবা যাওদে। অদুনা নখোয় পুম্বা সাত্যকিগী নাক্ তাম্না চেনাশল্লু। নুংগী লাল্ তৌ সাত্যকিনা নখোযগা মায়োক্নদুনা লোক্লবা ঙমলোই" ॥৩১॥ ঋা অসি তাবদা; নুংগী লাল শোক্লবা হৈবা চীঙমী লাম্মীশিং অদুনা, মন্ত্রীশিংনা নিংথৌগী নাক্ত চঙশিনবগুম্, সাত্যকিগী মনাক্তা হোক্চিন্নখি ॥৩২॥ অদুদগীদি মখোয় লাম্মী খুদিংনা শামু মকোক্ মকোক্ মুক চাউবা নুংগুম অমমম্ পায়খত্তুনা সাত্যকিগী মাঙদা লেপ্‌পুরে ॥৩৩॥ মহারাজ ! নজাঙীবুংঙো দুঃশাসনগী য়াথদগী অদুক্ য়াম্বা চীঙমী লাম্মীশিং অহনা মথুত্তা নুংগুম্ অমমম্ পায়দুনা লংশিনগদবগী থৌবাং তৌদুনা সাত্যকিগী লম্বী থিংদুনা চপ লেপতুনা লৈনখি ॥৩৪॥ নুংগী লাল্ তৌগদৌরিবাশিং অদুনা চঙশিল্লকপগু উরদুনা সাত্যকি অসি মথুত্তা লীক্লং পায়খৎতুনা থৌর থৌরবা তেনগী মপৈ মপৈ মখোয়রোম্‌দা কাপশিল্লকলে ॥৩৫॥ অদুনগী শিনিবংশগী অথোইবা সাত্যকিনা নারাচ কৌবা তেনগী মপৈ অমনা, চীঙমী লাম্মীশিংনা লংশিল্লক্লিবা নুংশিং অদু মচেৎ মচেৎ তানা ককথৎখি ॥৩৬॥ ঈকায় থুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ ! লংলবা, মশীং লাক্ঙম্‌দ্রবা নুং মচেৎ-মকুপশিং অদুনা, কৌজেং হান্নৌ মপৈ পাইশিনখিবগী মতৌগুম্ পাইশিনখিদুনা, চীঙমী লাম্মী মখোয়বুদুম্ মপৈ মপৈ হাৎখি ॥৩৭॥ মহারাজ—! অদুগী তুংদা মথুত্তা নুং থাংগৎলম্বা মখোয় চামঙাথক্ লৈমায় থক্তা মখোঙ-মপাম্বোম্ য়াওদনা হাইথখি ॥৩৮॥ অমুকম্ চীঙমী লাম্মী লাক্ অম নুংদুম পায়খত্তুনা সাত্যকিদা থাগে হুক্তিনগে

পাষাণযোধিনঃ শূরান্ যতমানানবস্থিতান্। অবধীদ্দশসহস্রাংস্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৪০॥
ততঃ সম্প্লুত্য তেঽশ্মবৃষ্টিং সমন্ততঃ। অয়োহস্তাঃ শূলহস্তা দরদাস্তঙ্গনাঃ খশাঃ ॥৪১॥
লম্পাকাশ্চ কুলিন্দাশ্চ চিক্ষিপুস্তাংশ্চ সাত্যকিঃ। নারাচৈঃ প্রতিবিব্যাধ প্রতিপত্তিবিশারদঃ ॥৪২॥
( যুগ্মকম্ )

অদ্রীণাং ভিদ্যমানানামন্তরীক্ষে শিতৈঃ শরৈঃ। শব্দেন প্রাদ্রবন রাজন্ গজাশ্বরথপত্তয়ঃ ॥৪৩॥
অশ্মচূর্ণৈঃ সমাকীর্ণা মনুষ্যা গজবাজিনঃ। নাশক্নুবন্নবস্থাতুং ভ্রমরৈরিব দংশিতাঃ ॥৪৪॥
হতাবশিষ্টাঃ সংরুধিরা ভিন্নমস্তকপিণ্ডিকাঃ। কুঞ্জরা বর্জয়ামাসুর্যুযুধানরথং তদা ॥৪৫॥
ততঃ শব্দঃ সমভবত্তব সৈন্যস্য মারিষ। মাধবেনার্দ্যমানস্য সাগরস্যেব পর্ব্বণি ॥৪৬॥
তং শব্দং তুমুলং শ্রুত্বা দ্রোণো যন্তারমব্রবীৎ। এষ সূত! রণে ক্রুদ্ধঃ সাত্বতানাং মহারথঃ ॥৪৭॥
দারয়ন্ বহুধা সৈন্যং রণে চরতি কালবৎ। যত্রৈষ তুমুলঃ শব্দস্তত্র সূত। রথং নয় ॥৪৮॥
( যুগ্মকম্ )

পাষাণযোধিভির্নূনং যুযুধানঃ সমাগতঃ। তথাহি রথিনঃ সর্ব্বে হ্রিয়ন্তে বিদ্রুতৈর্হয়ৈঃ ॥৪৯॥

ভৌরক্পদা, মাহ্র ভোাগ্রভেগী মমাওদা সাত্যাকনা মখোয়গী মপাঙ্খোম্‌শিং অদু লোইনা ককুপহ-পোখত্লনা, পাখোম্ য়াওগ্রবা মখোয়াশিং অদু থুদক্তা লৈমায় থক্তা তাখি ॥৩৯॥ অদুগা সাত্যাকিদা নুং লোংশনগদবগী শেন্দুনা লৈরম্বা মখোয় খর অদুসু সাত্যাকিনা হাৎখি। মাসিমক্ সাত্যাকিগী মতৈ অমাদ মখোনাগী অঙকপা থবক অমনি ॥৪০॥ অদুগী তুংদা লৈহৌরিবা চাওমী লাম্মীশিং অদুনা মখুত্তা য়োচ্ছক্ পায়বা, তাশাং পায়বা দরদ, তঙ্গন, খশ, লম্পাক অদুগা কুলিন্দগী লাম্মীশিং অদুগা অমত ওইনাম্নাখিত্রনা মায়কৈ মারদগী মখোয়গী খুৎলায় অদু সাত্যাক তম্না লংশিন্ বা হৌরক্লে। অদুবু লাল্গী অরায় অথুম্ হৈরবা সাত্যাকনা মখোয়গী খুৎলায়শিং অদু নারাচ মপৈ অমনা থুদক্তা মকুপ্ তানা ককথত্তুনা থাদখি ॥৪১-৪২॥ মহারাজ! সাত্যাকনা থুগাইরকপা, মখোয়গী নুং-থাঙ-তা, য়োত্তেক্ থাওতেকী মপৈ অদুনা পাইশিল্লকপগী মখোম্না অদুগা, মখোয়না থাবগী চৈনা খাঙবা ভমদহুনা কৌরব পক্ষগী খোঙমী লাম্মী অয়াম্বা অদুগা শগোল শামু পুম্বা কাত্তুনা চেন্নরে ॥৪৩॥ নুং য়োং মচেৎ-মকুপ্‌শিং অদুনা থাব-পানবদা, খোইনিংথৌনা চীকপগুমহুনা কনাগী খোঙগী লাম্মী শগোল শামু লোইনা ক্র-ক্রা ওন্থোইহুনা লালফম্‌হুদা লৈনখি ॥৪৪॥ অদুদগী সাত্যাকিগী তেন্না পানবদা মকোক্ হোরবা; খিনগাইগ্রবা শামুশিং অদু সাত্যাকিরোম্‌দা হন্না য়েঙমদনা হোত্নুনা চেন্নখি ॥৪৫॥ মহারাজ! সাত্যাকিগী খুৎলায়না পানবদা অদুক য়াম্ব কৌরবলাম্মী ময়াম্ অদু পূর্ণিমা-অমাবস্যাগী নুমিত্তা অহিংদা সমুদ্রনা ঈথক্ হৌবগুম্ পূম্‌লেঙ-লেভিঙ; লাউখোংনখি ॥৪৬॥ অসুম্না নিন্নরকপাসি তাবদা দ্রোণনা মহাকী সারথিদা অসুম্না হায়রকই:—সারথি! য়েঙঙু! সাত্বতবংশগী সাত্যাকি হায়বা আসনা অশাউবগা লোয়নননা কাপললকপা থারকপা খুৎলায়না পানবদা লাম্মী মপৈপসে যমালয় তান্না কন্না কন্না চেন্‌শিন্নরি। অদুনা সারথি! নিন্‌থোংনরকলিবা আসোমদা ঐগী রথ অসি থুনা য়াঙনা থৌজিল্লু" ॥৪৭-৪৮॥ "সাত্যাকি অসে চাওমী লাম্মীশিং অদুগা কন্না থেংনগ্রমাল্লে।

বিশস্ত্রকবচা রুগ্ণাস্তত্র তত্র পতন্তি চ। ন শক্নুবন্তি যন্তারঃ সংযন্তুং তুমুলে হয়ান্ ॥৫০॥
ইত্যেবং বচনং শ্রুত্বা ভারদ্বাজস্য সারথিঃ। প্রত্যুবাচ ততো দ্রোণং সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরম্ ॥৫১॥
আয়ুষ্মন্। দ্রবতে সৈন্যং কৌরবেয়ং সমন্ততঃ। পশ্য যোধান্ রণে ভিন্নান্ ধাবমানানিতস্ততঃ ॥৫২॥
ইমে চ সংহতাঃ শূরাঃ পাঞ্চালাঃ পাণ্ডবৈঃ সহ। ত্বামেব হি জিঘাংসন্ত আদ্রবন্তি সমন্ততঃ ॥৫৩॥
অত্র কার্য্যং সমাধৎস্ব প্রাপ্তকালমরিন্দম। স্থানে বা গমনে বাপি দূরং যাতশ্চ সাত্যকিঃ ॥৫৪॥
তথৈবং বদতস্তস্য ভারদ্বাজস্য সারথেঃ।
প্রত্যদৃশ্যত শৈনেয়ো শৈনেয়ো নিঘ্নন্ বহুবিধান্ রথান্ ॥৫৫॥
তে বধ্যমানাঃ সমরে যুযুধানেন তাবকাঃ। যুযুধানরথং ত্যক্ত্বা দ্রোণানীকং প্রদুদ্রুবুঃ ॥৫৬॥
যৈস্তু দুঃশাসন সার্দ্ধং রথৈঃ পূর্বং ন্যবর্ত্তত। তে ভীতাস্ত্বভ্যধবন্ত সর্বে দ্রোণরথং প্রতি ॥৫৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সাত্যকিপ্রবেশে পাষাণযোধিপরাজয়ে
পঞ্চাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

মথোঙ য়াওলবা শগোল্শিং অসিনা রথী লান্মীশিং অসিবু লাল্ফম্দগী পুথোক্ত্না চেন্থোক্লি।" ॥৪৯॥ রথী কয়া কয়ানা লাল্ফম্ লৈমাযথক্তা মপৈ মপৈ তুথনরক্লি। শগোলশিং অসিনা মাগী মাগী রথবু চিংবা ঙম্মরক্ত্রে ॥৫০॥ দ্রোণগী রা অসি তাবদা সারথিনা মহারথী অথোইবা দ্রোণদা অস্তুম্না হায়রক্ই :—॥৫১॥ "অকন্বা। মতম্ কুইনা পুনশিগদবা! য়েংবিযু! কৌরব লান্মীশিং অসে, মায়গৈমরি শম্জি—কা‌না চেম্নরে। লান্মীশিং অসিনা মাগী মাগী তেঙ্গোল্ কাঙলুপ থাদোক্ থাদোক্তুনা চেম্নবে।৫২॥ অদুগা মাযকৈ অমরোমদগীনা পাঞ্চালশিংগা পাণ্ডবশিংগা অমতা ওইনা কৌরবলান্মীশিংবু তুম্না হাংকদবগী হোৎচল্লক্লি ॥৫৩॥ "অহ্না অকন্বা! বিচার মুম্না তৌবিযু। চঙশিনবা-হন্দোক্পগী দেশ কাল পাত্র য়েংদুনা তৌগদবা থবক্ থুনা পায়খৎপিযু। অদুগা অমরোম্দ ঐখোযনা তাম্নগদৌরিবা সাত্যকি অসিস্তু অসিদগী য়াম্না লাপ্খ্রে" ॥৫৪॥ দ্রোণদা সারথিনা অস্তুম্না হায়াবর্ভৈসিমক্তদা সাত্যকি অসি রথী কয়া কয়াবু হাৎস হাৎলমদুনা চঙশিনখ্রি ॥৫৫॥ মহারাজ! সাত্যকিনা হাচ্চল্লকপসি থাওবা ঙমজদুনা কৌরবলান্মী মখৈ দ্রোণনা লৈরিবা মাযকৈ অদোম্দা কন্বিযু হায়বগী মতাঙুম্ লোইনা চেনশিন্নরক্লে ॥৫৬॥ অহান্বদা মাগী লান্মীশিংগা লোয়নননা হন্দোক্খ্রবা দুঃশাসন অদুস্তু মিপাই-খিদুনা দ্রোণনা লৈরিবা মায়গৈ অদোম্দা চেল্শিল্লক্লে ॥৫৭॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা সাত্যকি প্রবেশগী মতাংদা "পাষাণ যোধিপরাজয়"গী চামমঙা শুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

# শ্রীমহাভারতম্

## ষড়ধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামগতরুকশুবা অধ্যায়ঃ

( জয়দ্রথবধগী মতুংদা দ্রোণগী মথৌনা )

—:০:—

সঞ্জয় উবাচ।

দুঃশাসনরথং দৃষ্ট্বা সমীপে পর্য্যবস্থিতম্। ভারদ্বাজস্ততো বাক্যং দুঃশাসনমথাব্রবীৎ ॥১॥
দুঃশাসন! রথাঃ সর্ব্বে কস্মাদেতে প্রবিদ্রুতাঃ। কচ্চিৎ ক্ষেমন্তু নৃপতেঃ কচ্চিজ্জীবতি সৈন্ধবঃ ॥২॥
রাজপুত্রো ভবানত্র রাজভ্রাতা মহারথঃ। কিমর্থং দ্রবসে যুদ্ধে যৌবরাজ্যমবাপ্য হ ॥৩॥
দাসী জিতাসি দ্যূতে ত্বং যথাকামচরী ভব। বাসসাং বাহিকা রাজ্ঞো ভ্রাতুর্জ্যেষ্ঠস্য মে ভব ॥৪॥
ন সন্তি পতয়স্তেঽদ্য সর্ব্বে ষণ্ডতিলৈঃ সমাঃ। দুঃশাসনৈবমুক্ত্বা ত্বং পূর্ব্বং কস্মাৎ পলায়সে ॥৫॥
স্বয়ং বৈরং মহৎ কৃত্বা পাঞ্চালৈঃ পাণ্ডবৈঃ সহ। একং সাত্যকিমাসাদ্য কথং ভীতোঽসি সংযুগে ॥৬॥
ন জানীষে পুরা ত্বন্তু গৃহ্ণন্নক্ষান্ দুরোদরে। শরা হ্যেতে ভবিষ্যন্তি দারুণাশীবিষোপমাঃ ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! দুঃশাসননা মাগী রথদা তোংদুনা চঙশিল্লক্লুনা দ্রোণগী নাক্ত লেপ্লবদু উবদা দ্রোণনা দুঃশাসনদা অস্তুম্না হায়খি ॥১॥ "দুঃশাসন! করিগীনো নংনা তকিংতকিং ঐঙোন্দা চেল্‌শিল্লক্‌লবা? নয়াম্বুং নিংথৌদ কম্‌দৌহৌরি, মঙ্গল ওইরিব্রা? সিন্ধুরাজ জয়দ্রথ লৈরিকো? ॥২॥ "নংদি নিংথৌগীমচানি। নিংথৌগীস্থ মনাওনি। নশাস্থ মহারথীনি। অদুগা করিগীদমক্, যুবরাজ অমগা ওইরগা নমান্নবদগী নীঙহন্নদুনা চেল্লক্‌লি?" ॥৩॥ "হায়! দ্রোপদী! য়াম্বুং মহারাজনা নংবু চোবরদঙমদুনা লৌরবনি। অদুনা হৌজিক্ নংদি মহারাজগী মীনায়নুবী ওইরবনি। অদুনা নংদি কোম্বুং মপুংদা ননীঙনখা তৌনা লৈজো। মহারাণীগী খাঙচেৎ নম্‌থাং লাম্থোক্‌লান্‌শিন্ তৌবী মনায়নুবী ওইদুনা লৈজো।" ॥৪॥ "হৌজিক্তি নংদি লুখ্রাবীগুম্ নপুরোয়বা লৈত্রবীনি। নংগী নপুরোয়বশিংদো, মীকিথি নপুংসক মক্তনি" অস্তুম্না মতম্ অমদা চান্‌কেংকখিবা নহাক্না ভসি করিগী চেল্লি? ॥৫॥ নশামক্না পাঞ্চাল অমদি পাণ্ডবশিংগা য়েক্কক্কনগা করিগী হৌজিক্তি সাত্যকিবু কিদুনা চেল্লকলি? ॥৬॥ দুঃশাসন! মমাংতৈদা

অপ্রিয়াণাঞ্চ বচনং পাণ্ডবেষু বিশেষতঃ। দ্রৌপদ্যাশ্চ পরিক্লেশস্তন্মূলো হ্যভবৎ পুরা ॥৮॥
ক্ব তে মানশ্চ দর্পশ্চ ক্ব তে তদ্বীরগর্জ্জিতম্। আশীবিষসমান্ পার্থান্ কোপয়িত্বা ক্ব যাস্যসি ॥৯॥
শোচ্যেয়ং ভারতী সেনা রাজা চৈব সুযোধনঃ। যস্য ত্বং কর্কশো ভ্রাতা পলায়নপরায়ণঃ ॥১০॥
নন্বু নাম ত্বয়া বীর। দীর্য্যমাণা ভয়ার্দ্দিতা। স্ববাহুবলমাস্থায় রক্ষিতব্যা হ্যনীকিনী।
স ত্বমদ্য রণং হিত্বা ভীতো হর্ষয়সে পরান্ ॥১১॥
বিদ্রুতে ত্বয়ি সৈন্যস্য নায়কে শত্রুসূদন!। কোঽন্যঃ স্থাস্যতি সংগ্রামে ভীতো ভীতব্যপাশ্রয়ঃ ॥১২॥
একেন সাত্বতেনাদ্য যুধ্যমানস্য চানঘ!। পলায়নে তব মতিঃ সংগ্রামাদ্ধি প্রবর্ত্ততে ॥১৩॥
যদা গাণ্ডীবধন্বানং ভীমসেনঞ্চ কৌরব!। যমৌ চ যুধি দ্রষ্টাসি তদা ত্বং কিং করিষ্যসি ॥১৪॥
এতে ফাল্গুনবাণানাং সূর্য্যাগ্নিসমতেজসাম্। ন তুল্যাঃ সাত্যকিশরা যেভ্যো ভীতঃ পলায়সে ॥১৫॥
যদি তাবৎ কৃতা বুদ্ধিঃ পলায়নপরায়ণা। পৃথিবী ধর্ম্মরাজায় শমেনৈব প্রদীয়তাম্ ॥১৬॥

---

মহারাজা হয়াউনা চৌবরমক্ক পায়খত্তুনা হুনগে তৌবা মতমদা, চৌবরমক্কশিংসিনা মতম অমদা মহুপুরবা লিলগী মতৌগুম্না ঐডোন্দা চীকূলখিনিকো হায়বদি খজহৌদ্রগা করিগী হৌজিকতি সাত্যকিবু কিহুনা চেল্লকলি? ॥৭॥ পাণ্ডবশিংদা থীনা ডাণ্ডখিবা, দ্রৌপদীদা অরাবা ঈকাইবা পীখিবা পূম্নমক অদুগী কারণদি, মমাংঙৈগী মীনম্বচৌবরদো অদুননি ॥৮॥ মতম্ অদুদা নংডোন্দা লৈরম্বা ময়াইকাবা, নাপল মীউশিত্তবা, ডংবা নোকূপনচিংবা নথৌনা নগুণশিং অদু হৌজিক্তি কদাই চৎত্রে? মহুপুরবা লিলশিংগী মশক্ ওইরবা পাণ্ডবশিংদা জাডনবা হৌরুরবা নংনা হৌজিক্ চেল্লিবসিনা কদায়দা? ॥৯॥ নৌরবশাণ্ডী মপৈ অদুগা নয়াম্বা দুর্য্যোধন অসে হৌজিক্অরাবগী ঈপাক্তা লূপজো। মরমদি মখোয়গী জান্‌শনগনি হায়না মাউরোং য়ারম্বা নংনা হম্না চেংশদবগী হোৎনরে ॥১০॥ অকনবা! যেক্লবশিংনা নহাক্কী লাম্মী তেঙ্গোল খুগাইররবদি অবৈবাবথৌনা ফুদোক্তুনা নপাম্বোম্ তিতুনা যেক্লবগী মপুগুগী কিরনা চেল্লবা লাম্মীশিংদু খোম্‌জিনম্ যৌশিন্দুনা ডাক্কদবনি। ডাক্কদবা নংনা কিহুনা চেন্দুনা যেক্লবশিংগী মপুক্কীং খোগৎপিরি। ॥১১॥ যেক্লবগুম্‌গনবা, অকনবা দুঃশাসন! নহাক্ লাম্মা তেঙ্গোল মপৈ অমগী নেতা ওইদুনা চৎত্রগা নীডহন্নবা কিদুনা চেল্লক্রবদি কিগল্লবা লাম্মী কনানা লালকম্ অসিদা করম্ লৈনি? ॥১২॥ পাপ য়াওদ্রবা অকনবা! সাত্যকি হায়বা অমনা মথন্তা চণ্ডককপদা লালকম্ থাদোক্তুনা চেনগে খল্লবা? ॥১৩॥ সাত্যকি মথন্তনা লাকপদা অদুম্না চেল্লবদা ভীম অর্জ্জুন নকুল সহদেব মখোয়না লাক্লবদি নং কম্দোদৌবি? ॥১৪॥ সাত্যকিনা শীজিন্নরিবা তেল খুৎলায়শিং অসিদি সুমিৎ অমদি মৈগা মান্নবা তেজ লৈরবা অর্জ্জুনগী খুৎলায়গা পানক্রবদি করিস্সু লৈতবনি। অদুবু সাত্যকিগী তেলশিংবু কিবদগী নহাক্কা চেল্লকলি ॥১৫॥ দুঃশাসন! অস্তুম্না মতুংমনাও চেনগদবা লৈরবদি থুনায়াঙনা যুধিষ্ঠিরগা সন্ধি তৌনদুনা মখোয়গী লৈপাক্ পীথোকখো ॥১৬॥

যাবৎ কাঞ্চনধারা বৈ নির্ম্মুক্তোরগসন্নিভাঃ। নাবিশন্তি শরীরং তে তাবৎ সংশাম্য পাণ্ডবৈঃ ॥১৭॥
যাবত্তে পৃথিবীং পার্থা হত্বা ভ্রাতৃশতং রণে। নাক্ষিপন্তি মহাত্মানস্তাবৎ সংশাম্য পাণ্ডবৈঃ ॥১৮॥
যাবন্ন ক্রুধ্যতে রাজা ধর্ম্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ। কৃষ্ণশ্চ সমরশ্লাঘী তাবৎ সংশাম্য পাণ্ডবৈঃ ॥১৯॥
যাবদ্ভীমো মহাবাহুর্বিগাহ্য মহতীং চমূম। সোদরাংস্তে ন গৃহ্লাতি তাবৎ সংশাম্য পাণ্ডবৈঃ ॥২০॥
পূর্ব্বমুক্তশ্চ তে ভ্রাতা ভীষ্মেণাসৌ সুযোধনঃ। অজেয়াঃ পাণ্ডবাঃ সংখ্যে সৌম্য! সংশাম্য তৈঃ সহ ॥২১॥
ন চ তৎ কৃতবান্ মন্দস্তব ভ্রাতা সুযোধনঃ। স যুদ্ধে ধৃতিমাস্থায় যত্তো যুধ্যস্ব কৌরব! ॥২২॥
গচ্ছ তূর্ণং রথেনৈব যত্র তিষ্ঠতি সাত্যকিঃ। ত্বয়া হীনং বলং হ্যেতদ্বিদ্রবিষ্যতি ভারত!।
আত্মার্থং যোধয় রণে সাত্যকিং সত্যবিক্রমম ॥২৩॥
এবমুক্তস্তব সুতো নাবোচৎ কিঞ্চিদপ্যসৌ। শ্রুতং মশ্রুতবৎ কৃত্বা প্রায়াদ্যেন স সাত্যকিঃ ॥২৪॥
সৈন্যেন মহতা যুক্তো ম্লেচ্ছানামনিবর্ত্তিনাম্। আসাদ্য চ রণে যত্তো যুযুধানমযোধয়ৎ ॥২৫॥
দ্রোণোঽপি রথিনাং শ্রেষ্ঠঃ পাঞ্চালান্ পাণ্ডবাংস্তথা। অভ্যদ্রবৎ সুসংক্রুদ্ধো জবমাস্থায় মধ্যমম ॥২৬॥
প্রবিশ্য চ রণে দ্রোণঃ পাণ্ডবানাং বরূথিনীম্। দ্রাবয়ামাস যোধান্ বৈ শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥২৭॥

---

মকুহরবা লিলগুম্বা মহুপুরবা অর্জ্জুনগী
তেম্না নশাদা পাক্লিবৈ, পাণ্ডবশিংগা সন্ধি তৌনহৌ ॥১৭॥
পুক্চেল চাউরবা পাণ্ডবশিংনা, নচীন্নাও চামবু হাত্নূনা
মরৈবাক্ নমদুনা মুক্লিবৈদা, পাণ্ডবশিংগা সন্ধি তৌনহৌ ॥১৮॥
ধর্ম্মগীমচা যুধিষ্ঠিরনা, লান্দা কৈশিংবা বৃষ্ণনা
কল্প শাউক্লিবৈ মরকসিদা, পাণ্ডবশিংগা সন্ধি তৌনহৌ ॥১৯॥
কল্লবা ভীমনা লালকমদা কৌরব তেঙ্গোল থংগাইদুনা
নচীন্নাওশিং লোইন ফাক্লিবৈদা, পাণ্ডবশিংগা সন্ধি তৌনহৌ ॥২০॥

দুঃশাসন! ভীষ্মনা মমাঙবৈদা নয়াম্ব দুর্য্যোধনদা করি হায়থি। "পাণ্ডবাশিংবু লান্দা ওম্বা য়ারোই, মখোয়গা সন্ধি তৌনৌ"—হায়না ভীষ্মনা হায়রম্বদো মাদু নীঙশিঙ্ড্রু ॥২১॥ অদুবু পঙলবা নয়াম্বসিনা মদুবু থৌওইনা তাখিদে। করে, অদু মঙাইরে, দুঃশাসন, হৌজিক্তি নপাঙ্গল নখোনা উত্নূনা, চনীঙতানা পাণ্ডবসিংগা লাল তৌনবা তৌ ॥২২॥ "ভরতনন্দন, দুঃশাসন! সাত্যকিনা লৈরিবা অসোমদা রথ থৌজল্লু। নংনা লালকম্ থাদোকতুনা লাক্পসিদা নংগী লাম্মী পুম্বা লোইনা চেনখিবা তারে। অদুনা লেঙত্রবা মিংচৎ থম্বগীদমক্ মতীকঙ্গুণ চাউরবা সাত্যকিগা লাল শোকনৌ" ॥২৩॥ দ্রোণনা অসুম্না হায়রবদা দুঃশাসন অসি করি মতা থুমদে দ্রোণনা হায়রিবদু তানা তানা তাদবগুম্ সাত্যকিন, লৈরিবা অদোমদা চৎনীঙদনা চৎখি ॥২৪॥ চেন্দদুনা লৈহৌরিবা লাম্মী থম্না অদু পুদুনা সাত্যকিগা লাম্ফেংনবা হৌখি ॥২৫॥ অমরোমদা দ্রোণসু অশাওবগা লোয়ননা অদুক য়াম্না কল্লসু নত্তনা, অদুক য়াম্না তপ্পসু নত্তনা পাঞ্চাল পাণ্ডবশিংনা লৈরিবা অদোমদা রথ থৌজিনখি ॥২৬॥ অদুগী তুংদা দ্রোণনা পাণ্ডবশিংগী লাম্মী তেঙ্গোল্

ততো দ্রোণো মহারাজ। নাম বিশ্রাব্য সংযুগে। পাণ্ডুপাঞ্চালমৎস্যানাং প্রচক্রে কদনং মহৎ ॥২৮॥
তং জয়ন্তমনীকানি ভারদ্বাজং ততস্ততঃ। পাঞ্চালপুত্রো দ্যুতিমান্ বীরকেতুঃ সমভ্যয়াৎ ॥২৯॥
স দ্রোণং পঞ্চভির্বাণৈর্বিদ্ধ্বা সন্নতপর্ব্বভিঃ। ধ্বজমেকেন বিব্যাধ সারথিঞ্চাস্য সপ্তভিঃ ॥৩০॥
তত্রাদ্ভুতং মহারাজ। দৃষ্টবানস্মি সংযুগে। যদ্দ্রোণো রভসো যুদ্ধে পাঞ্চাল্যং নাভ্যবর্ত্তত ॥৩১॥
সন্নিরুদ্ধং রণে দ্রোণং পাঞ্চালা বীক্ষ্য মারিষ!। আবব্রুঃ সর্ব্বতো রাজন্। ধর্ম্মপুত্রজয়ৈষিণঃ ॥৩২॥
তে শরৈরগ্নিসঙ্কাশৈস্তোমরৈশ্চ সহস্রশঃ। শস্ত্রৈশ্চ বিবিধৈ রাজন্। দ্রোণমেকমবাকিরন্ ॥৩৩॥
নিহত্য তান্ বাণগণৈর্দ্রোণো রাজন্। সমন্ততঃ। মহাজলধরান্ ব্যোম্নি মাতরিশ্বেব চাবভৌ ॥৩৪॥
ততঃ শরং মহাবেগং সুযথপাবকসন্নিভম্। সন্দধে পরবীরঘ্নো বীরকেতো রথং প্রতি ॥৩৫॥
স ভিত্ত্বা তু শরো রাজন্। পাঞ্চালকুলনন্দনম্। অভ্যগাদ্ধরণীং তূর্ণং লোহিতার্দ্রো জ্বলন্নিব ॥৩৬॥
ততোঽপতদ্রথাত্তূর্ণং পাঞ্চালকুলনন্দনঃ। পর্ব্বতাগ্রাদিব মহাংশ্চম্পকো বায়ুপীড়িতঃ ॥৩৭॥

---

মবক্কা চঙশিনখিদুনা পাণ্ডব পক্কগী লান্মী চাম চাম লিশিং লিশিংবু হাংপা তৌখি ॥২৭॥ মহারাজ! দ্রোণাচার্য্যনা মাগী মশক্ মমিং লাউ লাউদুনা পাণ্ডবলান্মী তেংঙোল মরক চংদুনা পাণ্ডবপক্কগী লান্মীশিংবু নৈবা হৌরক্লে ॥২৮॥ মতৌ অদুম্না দ্রোণনা পণ্ডবলান্মীশিংবু নৈদুনা লৈরিভেসিদা দ্রুপদগী মচা, তেজ লৈরবা বীরকেতু হায়বদু দ্রোণ তম্না চেলাশিল্লকই ॥২৯॥ অদুদগী মহাক্ত থোরবা তেল মঙানা দ্রোণদা কম্না থাখি। অদুগী তুংদা তেল অমনা কিরান্দা তরেৎনা দ্রোণগী সারথিদা কম্ন থাখি ॥৩০॥ মহারাজ! মাসিদা অঙকপা থৌদোক অমা উনখিবা হাযবদু বীরকেতু মক্কী মমাঙ ফাওবদা মাদুগী সুমিত্তা দ্রোণাচার্য্যনা লেপ্ল উমখিদ্রে ॥৩১॥ ঈকাযখুম্নবগী মশক ওইরবা নিংথৌ! যুধিষ্ঠিরনা জয় ওইবতা খল্লবা পাঞ্চালশিংনা, দ্রোণবু থিংদুনা থমখিবদু উবদা মাযগৈ মরিদগী হোঙ্চিল্লকতুনা দ্রোণবু পুমকোয় কোয়ররে ॥৩২॥ অদুদগীদি মথোয পুম্নমক্না হৌদুনা, মৈগা মাম্নমা তেজ লৈরবা, ময়ায় কল্লবা তেল লিশিং লিশিং তোমরনচিবা খুৎলায় মযাম অদু দ্রোণ তম্না কাপশিল-লংশিল্লকলে। দ্রোণগী মশা-পুম্বা খুৎলায়শিতনা পুমযোম্ যোমখ্রে ॥৩৩॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা কল্লবা দ্রোণনা কল্লবা মুংশিৎনা নোংগী মপৈবু চুমদোক্‌খিবদুগুম্না, তেল মপৈ মপৈনা মথোয়গী খুৎলায়শিং অদু ককথৎতুনা, নোং মরক্কুগী হাইদোরকপা মুমংকুম্ দ্রোণ অসি অমুক্ ময়াম্না পুমঙাল্ ঙাম্ন উবে ॥৩৪॥ অদুগী তুংদা থেরুবা তূম্না হাংঙবা দ্রোণনা, রাম্না শাফু কল্লবা, মুমিৎ অমদি মৈগা মাম্নমা তেজ লৈরবা তেল অমা মপা চুম্না বীরকেতুগী রথ তম্না নিশানা তৌরকই ॥৩৫॥ তেল অদুনা হাইজিল্লকতুনা বীরকেতু মশাদা ফাওদোকখিদুনা মবুক্ থম্না ঈ চুপ্লগা আসোম রাংমদা লীৎথোকখিদুনা লৈমুংদা মশক উদমথৈ চঙখি ॥৩৬॥ অদুদগীদি বীরকেতু অসি, রাংচাউরবা লৈহাও পাম্বীনা চীঙথক্কুগী তেকতুনা ওন্থরক্‌পগুম রথ মথক্কুগী লৈমায় থক্কা

তস্মিন্ হতে মহেষ্বাসে রাজপুত্রে মহারথে। পাঞ্চালস্তবিতা দ্রোণং সমন্তাৎ পর্য্যবারয়ন্ ॥৩৮॥
চিত্রকেতুঃ সুধন্বা চ চিত্রবর্ম্মা চ ভারত। তথা চিত্ররথশ্চৈব ভ্রাতৃব্যসনকর্ষিতাঃ ॥৩৯॥
অভ্যদ্রবন্ত সহিতা ভারদ্বাজং যুযুৎসবঃ। মুঞ্চন্তঃ শরবর্ষাণি বর্ষাস্বিব বলাহকাঃ ॥৪০॥
( যুগ্মকম্ )

স বধ্যমানো বহুধা রাজপুত্রৈর্মহারথৈঃ। ক্রোধমাহারয়ত্তেষামভাবায় দ্বিজর্ষভঃ।
ততঃ শরময়ং জালং দ্রোণস্তেষামবাসৃজৎ ॥৪১॥
তে হন্যমানা দ্রোণস্য শরৈরাকর্ণচোদিতৈঃ। কর্ত্তব্যং নাভ্যজানন্ বৈ কুমারা রাজসত্তম ॥৪২॥
তান্ বিমূঢ়ান্ রণে দ্রোণঃ প্রহসন্নিব ভারত। ব্যশ্বসূতরথাংশ্চক্রে কুমারান্ কুপিতো রণে ॥৪৩॥
অথাপরৈঃ সুনিশিতৈর্ভল্লৈস্তেষাং মহাযশাঃ। পুষ্পাণীব বিচিন্বান উত্তমাঙ্গান্যপাতয়ৎ ॥৪৪॥
তে রথেভ্যো হতাঃ পেতুঃ ক্ষিতৌ রাজন্! সুবর্চ্চসঃ।
দেবাসুরেষু যুদ্ধেষু যথা দৈত্যদানবাঃ ॥৪৫॥
তান্ নিহত্য রণে রাজন্। ভারদ্বাজঃ প্রতাপবান্।
কার্ম্মুকং ভ্রাময়ামাস হেমপৃষ্ঠং দুরাসদম্ ॥৪৬॥
পাঞ্চালান্ নিহতান্ দৃষ্ট্বা দেবকল্পান্ মহারথান্।
ধৃষ্টদ্যুম্নো ভৃশং দ্বিগ্নো নেত্রাভ্যাং পাতয়ন্ জলম্।
অভ্যবর্ত্তত সংগ্রামে যত্তো দ্রোণরথং প্রতি ॥৪৭॥

তারকই ॥৩৭॥ লৌরুং অচৌবা পায়বা, কল্লবা, মহারথী নিংথৌমচা অসিনা তুখিবদু উবদা পাঞ্চালশিংনা চেলশিল্লকতুনা দ্রোণবু পুমকোয কোয়শিল্লরে ॥৩৮॥ ভরতনন্দন মহারাজ! ময়াম্বা শিখিবসি উবদা খোইদোক্না বারব চিত্রকেতু, সুধন্ব, চিত্রবর্ম্মা, চিত্ররথ মখোয় অসিনা পুল্লপা তেলনা নোং চুথবগুম কাপশিল কাপশিন্না দ্রোণ তম্না চেল্‌শিল্লকই ॥৩৯-৪০॥ নিংথৌমচা মবি অসিনা চঙশিল্লকপগু উবদা খোইদোক্না শাউথবা দ্রোণাচর্য্যনা মখোযবুসু হাৎলগে হাযনা খন্দুনা অতৎ অথম্ লৈতনা মখোযদা তেল মনম্ মনম্ কাপশিল্লকই ॥৪১॥ নিংথৌ অখোইবা! নাকোং মরু য়ৌনা লৌরি চিংদুনা শাফু কন্না কাপশিল্লকপা দ্রোণগী তেলশিং অসিনা থাজিল্লকপদা মখোয় মরি অসি জ্ঞান তারবত্রে; তৌকম্ খঙবত্রে ॥৪২॥ ভরতনন্দন! তৌকম্ খঙদ্রবা রাজকুমারশিং অদুগী অবস্থা উবদা দ্রোণনা নোক্ন নোক্না মখোযগী শগোল, রথ সারথী শং অদুবু খুদক্তা হাৎখি ॥৪৩॥ মহারাজ! অদুদগীদি লাম্ লামদুনা লৈবু হেক্‌পগী মতৌগুম্না দ্রোণনা মখোয় মরিগী মঙক্ অদু ককতুনা পুল্লপনা থাদখি ॥৪৪॥ মহারাজ! মমাংগী লাইহিংচাংবগী লান্দা দৈত্যদানবশিংনা লৈমায়থক্তা প্রোপ প্রোপ হাইথরকপদুগুম্না বাজকুমারশিং অসি মতম্ অমতদা লৈমায়থক্তা হাইথখি ॥৪৫॥ মহারাজ! মতীক্ মগুণ চাউরবা দ্রোণনা রাজকুমারশিং অদু হাৎলবা তুংদা মহাক্কী লৌরু' অদুবু কোয়হাই হাইদুনা লাল্‌ক্মদা কোইচৎ চৎখি ॥৪৬॥

লাইমচাগুম্বা, মহারথীমক্ত ওইরবা পঞ্চালগী রাজকুমারশিং অদুবু হাৎখিবা উবদা ধৃষ্টদ্যুম্ন অসি খোইদোক্না শুংভাইখিদদুনা, মমীতগী মপি শিন্থদুনা দ্রোণতম্না য়াম্ন চোক্‌শিন্না খৌজিল্লকই ॥৪৭॥

ততো হাহেতি সহসা নাদঃ সমভবন্নৃপ। পাঞ্চাল্যেন রণে দৃষ্ট্বা দ্রোণমাবারিতং শরৈঃ ॥৪৮॥
স চ্ছাদ্যমানো বহুধা পার্ষতেন মহাত্মনা। ন বিব্যথে ততো দ্রোণঃ স্ময়ন্নেবান্বযুধ্যত ॥৪৯॥
ততো দ্রোণং মহারাজ! পাঞ্চাল্যঃ ক্রোধমূর্চ্ছিতঃ। আজঘানোরসি ক্রুদ্ধো নবত্যা নতপর্ব্বণাম্ ॥৫০॥
স গাঢ়বিদ্ধো বলিনা পার্ষতেন দ্বিজর্ষভঃ। নিষসাদ রথোপস্থে কশ্মলঞ্চ জগাম হ ॥৫১॥
তং বৈ তথাগতং দৃষ্ট্বা ধৃষ্টদ্যুম্নঃ পরাক্রমী। সমুৎসৃজ্য ধনুস্তূর্ণং জগ্রাহাসিং স বীর্য্যবান্ ॥৫২॥
অবপ্লুত্য রথাচ্চাপি ত্বরিতঃ স মহাবলঃ। আরুরোহ রথং তূর্ণং ভারদ্বাজস্য মারিষ!।
হর্ত্তুমিচ্ছন্ শিরঃ কায়াৎ ক্রোধসংরক্তলোচনঃ ॥৫৩॥
লব্ধসংজ্ঞস্ততো দ্রোণশ্চাপমাদায় বীর্য্যবান্। আসন্নমাগতং দৃষ্ট্বা ধৃষ্টদ্যুম্নং জিঘাংসয়া ॥৫৪॥
শরৈর্বৈতস্তিকৈ রাজন্! বিব্যাধাসন্নবেধিভিঃ। যোধয়ামাস সমরে ধৃষ্টদ্যুম্নং মহারথম্ ॥৫৫॥
( যুগ্মকম্ )

তে হি বৈতস্তিকা নাম শরা আসন্নযোধিনঃ। দ্রোণস্য বিদিতা রাজন্! ধৃষ্টদ্যুম্নাক্ষিণোৎ ॥৫৬॥
স বধ্যমানো বহুভিঃ সায়কৈস্তৈর্মহারথঃ। হৃতসঙ্কল্পভূয়িষ্ঠঃ প্রাদ্রবৎ স্বরথং প্রতি ॥৫৭॥
ততঃ স রথমারুহ্য প্রগৃহ্য চ মহদ্ধনুঃ। বিব্যাধ সমরে দ্রোণং কঙ্কপত্রিভিরায়সৈঃ।
দ্রোণশ্চাপি মহারাজ! শরৈর্বিব্যাধ পার্ষতম্ ॥৫৮॥

---

মহারাজ! ধৃষ্টদ্যুম্ননা দ্রোণবু তেম্তনা মশাপুম্বা পুম্নমক্ যোহনখিবদু উবদা পাণ্ডবপক্ষকী লাম্মীপুম্বা হাহাকার লাউনখি ॥৪৮॥ ধৃষ্টদ্যুম্নগী তেন্না মশাপুম্বা পুম্নমক্তি যোমদ্রে হায়রবু দ্রোণ অসি থোইদোক্না রাবিনাবিদনা মোমোন নোক্ক নোক্না লাম্লেংলখি ॥৪৯॥ মহারাজ! অদুদগী, ধৃষ্টদ্যুম্ন অসি য়াম্ন শাউখদুনা থৌরবা তেল মরিফুতরানা দ্রোণগী থজিন্দা কপ্পা থাখি ॥৫০॥ অদুদগীদি ব্রাহ্মণ অথোইবা; কল্লবা দ্রোণ অসি কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা কাপ্‌লক্‌পা তেন্না কয়া শাথিনা পানখিদুনা রথমথক্ত জ্ঞান তাদনা তুমিন্না কমদুনা লৈখি ॥৫১॥ দ্রোণনা অদুম্না লৈবদু উবদা ধৃষ্টদ্যুম্ন অসি লীকং থংগা থাদোক্তুনা মখুত্তা থাঙশাং অম পায়খৎলি ॥৫২॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! কল্লবা, শাউবনা মমীত্ত ঈ কারবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা দ্রোণগী মশাদগী মকোক্ অদুবু তোঙাম্না তাহল্লগে হায়না থন্দুনা রথদগী চোংথদুনা থাঙ অদু হাইগদুনা দ্রোণগী রথ মথক্তা চোংখৎখি ॥৫৩॥ মহারাজ! অদুম্ তোরিবৈ চৈরক্ অদুদা দ্রোণস্তু জ্ঞান তারক্লুনা, মনাক্ত লেপ্লুনা লৈরম্বা ধৃষ্টদ্যুম্নবু উবদা—থগাইমুক্ত লাপ্পরবা ধৃষ্টদ্যুম্নদা তেন্না কয় কয়া কাপখি; অদুদগীদি রথ মথক্ অদুদা মখোয় অনীনা অকিবগী মশক্ ফংনা খুথেংননা লাম্লেংনখি ॥৫৪-৫৫॥ মহারাজ! দ্রোণনা ধৃষ্টদ্যুম্নদা কাপ্প তেল অসি "বৈতস্তিক" কৌই. মাসি দ্রোণতমা খঙবা হৈবা তেলনি ॥৫৬॥ দ্রোণনা সিঙবা তেলশিং অসি কাপ্‌শিল্লকলবদা, মানা তৌগে থল্লবা থবক্ অদু শোয়খিবদু উবদা ধৃষ্টদ্যুম্ননা থূনা য়াঙনা মাগী রথ মথক্তা চোংখৎখি ॥৫৭॥ মহারাজ! অদুদগী ধৃষ্টদ্যুম্ননা মাগী রথ মথক্তা কাখৎখিদুনা থৌর-থৌরবা তেন্না দ্রোণদা থাবা হৌরকলে।

তদদ্ভুতমভূদ্‌যুদ্ধং দ্রোণপাঞ্চাল্যয়োস্তদা। ত্রৈলোক্যকাঙ্ক্ষিণোরাসীচ্ছক্রপ্রহ্লাদয়োরিব ॥৫৯॥
মণ্ডলানি বিচিত্রাণি যমকানীতরাণি চ। চরন্তৌ যুদ্ধমার্গজ্ঞৌ ততক্ষতুরথেষুভিঃ ॥৬০॥
মোহয়ন্তৌ মনাংস্যাজৌ যোধানাং দ্রোণপার্ষতৌ। সৃজন্তৌ শরবর্ষাণি বর্ষাস্বিব বলাহকৌ।
ছাদয়ন্তৌ মহাত্মানৌ শরৈর্ব্যোম দিশো মহীম্ ॥৬১॥ (যুগ্মকম্)

তদদ্ভুতং তয়োর্যুদ্ধং ভূতসংঘা হ্যপূজয়ন্।
ক্ষত্রিয়াশ্চ মহারাজ! যে চান্যে তত্র সৈনিকাঃ ॥৬২॥
অবশ্যং সমরে দ্রোণো ধৃষ্টদ্যুম্নেন সঙ্গতঃ।
বশমেষ্যতি নো রাজন্! পাঞ্চালা ইতি চুক্রুশুঃ ॥৬৩॥
দ্রোণস্তু ত্বরিতো যুদ্ধে ধৃষ্টদ্যুম্নস্য সারথেঃ।
শিরঃ প্রচ্যাবয়ামাস ফলং পক্বং তরোরিব।
ততস্তু প্রদ্রুতা বাহা রাজংস্তস্য মহাত্মনঃ ॥৬৪॥
তেষু প্রদ্রবমাণেষু পাঞ্চালান্ সৃঞ্জয়াংস্তথা।
ব্যদ্রাবয়দ্রণে দ্রোণস্তত্র তত্র পরাক্রমী ॥৬৫॥
বিজিত্য পাণ্ডুপাঞ্চালান্ ভারদ্বাজঃ প্রতাপবান্।
স্বং ব্যূহং পুনরাস্থায় স্থিতোঽভবদরিন্দমঃ।

---

দ্রোণস্সু ধৃষ্টদ্যুম্ননা কন্ন কন্না থাখি ॥৫৮॥ মহারাজ! মমাংঙৈদা মরোল অহুমগী সিংহাসনবু মুন্নরবা ইন্দ্রগা প্রহ্লদগা অনীনা অওক্পা-অকিবফংনা থিংবখিবহুগুম্না অকনবা অনীসিগী অকনবা লাঞ্জাও অমা থোকখি ॥৫৯॥ অদুগী তুংদা লালগী পোরোল পুম্বা উন খঙনা হৈনরবা দ্রোণ-ধৃষ্টদ্যুম্ন অনী অসি বর্ষঋতুগী নোং মতুম অনীনা থেংজিন রাইশিন্নবগুম্না মথোন্ন অনীগী তেন্তনা থক্থা-মায়গৈ মরি অসি পুম্কুপ্ কুপশিল্হনখিদুনা, লাল্হৈবা ভাবুকশিদা মাস্তা থম্মোয়দা নুংঙাইবা পোক্হন্দুনা হাইদোক্পা-হাইজিন্নব', লৈনব-কোয়নবা লালগী কিদুপ্ পুম্বদা অমনা অমবু লাক্চনদনা অমগমগা কন্না থানখি ॥৬১॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা ক্ষত্রিয়শিং অদুনা অতুগা নোমদোম্ব্ক্রা কুম্মৈ য়েংলবা দেবগন্ধর্ব্বনচিংবা লাইয়াম্না অনীগী অওক্পা লাল অদুবু উবদা অনীমক্পু থোইদোক্না থাগৎনখি ॥৬২॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা পাঞ্চালশিংনা "দ্রোণনা ঙসি ঐখোয়গী ধৃষ্টদ্যুম্নগা থেংনাথ্রবসিনাদ মহাক ঙসি শোয়দনা ঐখোয়গী ঈখা পোল্লগনি" অস্সুম্ হায়না লাউনাখ ॥৬৩॥ অদুবু, চৈরক্ অদুদা খুৎলৈ থুরবা দ্রোণনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী সারথিগী মঙক্ অদু কক্তুনা লৈমায়ণক্তা থাদখি। অদুদগীদি শগোলশিং অদু থৌবিনব লৈত্রবদুদা মথ অদু থাদোকলমদুনা হোদুনা চেনখ্রে ॥৬৪॥ শগোলশিং অদুনা চেনথ্রবদা দ্রোণনা, অদুগীদদি, পাঞ্চালশিং অমদি সঞ্জয়শিংবু নৈবা হৌরক্লে ॥৬৫॥ অদুগী তু'দা, দ্রোণনা পাঞ্চালশিং অতুগা সৃঞ্জয়শিংবু মায়থীবা পীরম্নগা মহাকী হাম্নগী বেঁহুদুগী মচীন্দঃ চত্তশিন্দুনা লাম্মীশিংবু ভাক্‌শন্দুনা

ন চৈনং পাণ্ডবা যুদ্ধে জেতুমুৎসেহিরে প্রভো ॥৬৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

জয়দ্রথবধে সাত্যকিপ্রবেশে দ্রোণপরাক্রমে

ষড়ধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

লৈখি। অন্তবু মহারাজ! পাণ্ডবশিংনা দ্রোণগী মনাক্ অন্তমক্ত চঙশিন্দুনা দ্রোণবু জয় তৌবা ঙম্‌খিদ্রে ॥৬৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক্লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুদা সাত্যকি প্রবেশগী মতাংদা "দ্রোণপরাক্রম"গী চামতরুক্তুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামগতরেৎক্তুবা অধ্যায়।

( দুঃশাসননা মাহথীবা )

সঞ্জয় উবাচ।

ততো দুঃশাসনো রাজন্! শৈনেয়ং প্রত্যবারয়ৎ। সর্ব্বাঙ্গেন মহারাজ! নানা দর্শোদ্ভবেন হ ॥১॥

সর্ব্বতো ভ্রাতৃশ্রেষ্ঠৈর্বিসৃজন্ সায়কান্ বহূন্। পর্জ্জন্য ইব ঘর্মেণ ন দহন বৈ দিশো দশ ॥২॥

তমাপতন্তমালোক্য সাত্যকিঃ কৌরবং রণে। অভ্যদ্রবন্মহাবাহুশ্ছাদয়ামাস সায়কৈঃ ॥৩॥

তে ছাদ্যমানা বার্ষ্ণেয় দুঃশাসনপুরোগমাঃ। প্রাদ্রবন সমরে ভীতাস্তব পুত্রস্য পশ্যতঃ ॥৪॥

---

মহারাজ! আহোমদ, দুঃশাসননা দেশ তোঙল্ তোঙানবগী লান্মীখিবিরা লোয়ননা চঙশিল্লক্তুনা সাত্যকিবু খিবা হৌখি ॥১॥ অদুদগী ভবতবংশদা পোল্লবা কল্লবা দুঃশাসননা, নেংখোংঙম্ হৌরবা মহাক্তা রথকী চাকাগী মখোল্লা মাষর্গৈপুম্বা পুম্নিন্ নিংসহন্দুনা মহাক্কী লান্মী ময়ামগা লোয়ননা চঙশিল্লক্তুনা সাত্যকিবু কোয়শিল্লরে ॥২॥ দুঃশাসননা চঙশিল্লকপসি উবদা সাত্যকিনা তেন্তনা মহাক্কী মশাপুম্বা পুময়োম্ য়োম্হনখি ॥৩॥ দুঃশাসনগী লান্মীশিংগী মনুংদা

তেষু দ্রবৎসু রাজেন্দ্র। পুত্রো দুঃশাসনস্তব। তস্থৌ ব্যপতভী রাজন্! সাত্যকিঞ্চার্দ্দয়চ্ছরৈঃ ॥৫॥
চতুর্ভির্বাজিনস্তস্য সারথিঞ্চ ত্রিভিঃ শরৈঃ। সাত্যকিঞ্চ শতেনাজৌ বিদ্ধা নাদং মুমোচ সঃ ॥৬॥
ততঃ ক্রুদ্ধো মহারাজ। মাধবস্তস্য সংযুগে। রথং সূতং ধ্বজং তঞ্চ চক্রেঽদৃশ্যমজিহ্মগৈঃ ॥৭॥
মশকং সমনুপ্রাপ্তমূর্ণনাভ ইবোর্ণয়া। ত্বরন্ সমাবৃণোদ্বাণৈর্দুঃশাসনমমিত্রজিৎ ॥৮॥
দৃষ্ট্বা দুঃশাসনং রাজা তথা শরশতাচিতম্। ত্রিগর্ত্তাংশ্চোদয়ামাস যুযুধানরথং প্রতি ॥৯॥
তেঽগচ্ছন্ যুযুধানস্য সমীপং ক্রূরকারিণঃ। ত্রিগর্ত্তানাং ত্রিসাহস্রা রথা যুদ্ধবিশারদাঃ ॥১০॥
তে তু তং রথবংশেন মহতা পর্য্যবারয়ন্। স্থিরাং কৃত্বা মতিং যুদ্ধে ভূত্বা সংশপ্তকা মিথঃ ॥১১॥
তেষামাপততাং সংখ্যে শরবর্ষাণি মুঞ্চতাম্। যোধান্ পঞ্চশতান্ মুখ্যানগ্রানীকে ব্যপোথয়ৎ ॥১২॥
তেঽপতন্ নিহতাস্তূর্ণং শিনিপ্রবরসায়কৈঃ। মহামারুতবেগেন ভগ্না ইব নগাদ্দ্রুমাঃ ॥১৩॥
রথৈশ্চ বহুভিশ্ছিন্নৈর্ধ্বজৈশ্চ বিনিপাতিতৈঃ। হয়ৈশ্চ কনকাপীড়ৈঃ পতিতৈস্তত্র মেদিনী ॥১৪॥
শৈনেয়শরসংকৃত্তৈঃ শোণিতৌঘপরিপ্লুতৈঃ। অশোভত মহারাজ! কিংশুকৈরিব পুষ্পিতৈঃ ॥১৫॥
(যুগ্মকম্)
তে বধ্যমানাঃ সমরে যুযুধানেন তাবকাঃ। ত্রাতারং নাধ্যগচ্ছন্ত পঙ্কমগ্না ইব দ্বিপাঃ ॥১৬॥

---

মমাঙ থাবা লান্মী অয়াম্বদি সাত্যকিগী আক্রমণ অদু খাঙবা ঙমদহুনা চেন্নরে ॥৪॥ নিংথৌ অথোইবা! মাগী লান্মী ময়াম্ অদুনা কায়তুনা চেন্নরবসু দুঃশাসননা করিমতা নাচুংদনা অতেং অথম্ লৈতনা সাত্যকিদা কাপ্‌শিল্লক্লনা সাত্যকিদা অকনবা চৈনা পীবা হৌরক্লে ॥৫॥ অদুগী তুংদা মহাক্না তেল মরিনা সাত্যকিগী শগোল মরিদা, তেল অহুম্না সারথিদা থাররগা তেল চামনা সাত্যকিদা কন্না থাখি ॥৬॥ মহারাজ! অদুদগীদি সাত্যকিনা য়াম্ন শাউখিদুনা তেন্তনা দুঃশাসনগী রথ, শগোল, সারথি অদুগা ফিরানবু মশক্ উহনখিদ্রে ॥৭॥ কাঙ্ হয়িং লাক্লগা মিনা মহাক্কী লাংগী লংজাশিংনা মখোয়বু কাজিনবা-কূপ্‌শিনবদুগুম্না সাত্যকিনা তেন্তনা দুঃশাসনবু কাজিন কূপশিনখি ॥৮॥ দুঃশাসনবু মতৌ অমুম্না তেন্না পুমকূপ কূপশিনহনখিবদু উবদা দুর্য্যোধননা ত্রিগর্ত্তগী লান্মী ময়াম্বু সাত্যকি তম্না থাজিল্লকৃই ॥৯॥ অদুদগীদি তম্থি-শাথিরবা, লান্দ থৈশিংলবা ত্রিগর্ত্তগী লান্মী সিশিং অহুম্না সাত্যকিতম্না চঙশিল্লকৃই ॥১০॥ অদুদগী লান্দা মথ্‌াই লুপ্লবা, অমগমগ হন্ননুশি-চেন্নন্তসি হায়না রাশন্নরবা লান্মী লিশিং অঙুম অসিনা সাত্যকিবু পুম্কোম্ন কোয়রে ॥১১॥ মখোয়না কন্না চঙশিল্লহুনা সাত্যকিনা মখোয়গী মাঙ থারিবা মকোক্ ওইবা লান্মী চামঙাবু হাৎখি ॥১২॥ নুংশিৎকী ইপোমনা কন্না ফুজিল্লকৃপদা চীঙথক্কুগী চাউন্ন চাউরবা উপাম্বীশিংনা মরুমন্না য়াওনা চীঙমায়দা হাইথনরকৃপদুগুম্না লান্মীশিং অদু সাত্যকিগী তেন্না পানবদা মাগী মাগী রথদগী লৈমায়থক্ক হাইনখি ॥১৩॥ মহারাজ! সাত্যকিগী তেন্না পানবদা মচেৎ মচেৎ থোক্ল কায়রবা রথ, ফিরাল, মচেৎ মচেৎ থোক্ল তংলবা শগোল শামুশিং অদুদা অদুগা ভাংলবা মপান্না থল্লবা কুরাউ পাম্বী অমমমগুম্বা, ঈহং নাইংংশারবা লান্মীশিং অদুনা লৈমায়থক্ক ভারকৃহুপদা লালকম্ অদুগী থোইদোক্লা লৈত্তেং অমগুম ওইখ্রে ॥১৪-১৫॥ সাত্যকিনা

ততস্তে পর্য্যবর্ত্তন্ত সর্ব্বে দ্রোণরথং প্রতি। ভয়াৎ পতগরাজস্য গর্ত্তানিব মহোরগাঃ ॥১৭॥
হত্বা পঞ্চশতান্ যোধান্ শরৈরাশীবিষোপমৈঃ। প্রায়াৎ স শনকৈর্বীরো ধনঞ্জয়রথং প্রতি ॥১৮॥
তং প্রয়ান্তং নরশ্রেষ্ঠং পুত্ত্রো দুঃশাসনস্তব। বিব্যাধ নবভিস্তূর্ণং শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ॥১৯॥
স তু তং প্রতিবিব্যাধ পঞ্চভির্নিশিতৈঃ শরৈঃ। রুক্মপুঙ্খৈর্মহেষ্বাসো গার্ধ্রপত্রৈরজিহ্মগৈঃ ॥২০॥
সাত্যকিস্তু মহারাজ! প্রহসন্নিব ভারত। দুঃশাসনং ত্রিভির্বিদ্ধ্বা পুনর্বিব্যাধ পঞ্চভিঃ ॥২১॥
শৈনেয়স্তব পুত্ত্রস্তু বিদ্ধ্বা পঞ্চভিরাশুগৈঃ। ধনুশ্চাস্য রণে ছিত্ত্বা প্রস্ময়ন্নর্জ্জুনং যযৌ ॥২২॥
ততো দুঃশাসনঃ ক্রুদ্ধো বৃষ্ণিবীরায় গচ্ছতে। সর্ব্বপারশবীং শক্তিং বিসসর্জ্জ জিঘাংসয়া ॥২৩॥
তান্তু শক্তিং তদা ঘোরাং তব পুত্ত্রস্য সাত্যকিঃ। চিচ্ছেদ শতধা রাজন্! নিশিতৈঃ কঙ্কপত্রিভিঃ ॥২৪॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় পুত্ত্রস্তব জনেশ্বর!। সাত্যকিং দশভির্বিদ্ধ্বা সিংহনাদং ননাদ হ ॥২৫॥
সাত্যকিস্তু রণে ক্রুদ্ধো মোহয়িত্বা সুতং তব। শরৈরগ্নিশিখাকারৈরাজঘান স্তনান্তরে ॥২৬॥
দুঃশাসনস্তু বিংশত্যা সাত্যকিঃ প্রত্যবিধ্যত। সাত্বতোঽপি মহারাজ! তং বিব্যাধ স্তনান্তরে।
ত্রিভিরেব মহাবেগৈঃ শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ॥২৭॥

---

লাক্‌শিল্লকপসিদা কৌরব লান্মী পুম্বা লৈখোমদা পুথরবা শামুশিংগী মতৌগুমগ্রে মখোংবু কনবিনবা কনা অমত উখিত্রে ॥১৬॥ অদুদগীদি মখোয় অদু তৌনিংঙাই লৈত্রদ্রুনা গরুড়বু কিবদগী লিল ময়াম্না লৈথুন্দা হোঙ্ছিন্নখিবগুম্না মখোযপুম্বদু দ্রোণনা লৈবিবা অদোমদা প্রপ্রপ চেনশিন্নখি ॥১৭॥ অসোমদা অকনবা সাত্যকিনা ফিলগী হূগা মান্নরবা খোৎবা তেল মপৈ অমনা য়েক্লবা লান্মী চামঙাবু হাৎলম্লগা অর্জ্জুননা লৈরিবা মাযগৈদোমদা তপ্ন তপ্ন চঙশিনখি ॥১৮॥ অম্মুম্না সাত্যকিনা চঙশিল্লবপা মতমসিদা দুঃশাসননা নারেন্দ্রগী কৌরবা তেল মাপন্না সাত্যকিদা থাখি ॥১৯॥ সাত্যকিনা ওনশিল্লবতুনা দুঃশাসনদা লাঙজা মতুনা তেন্না পানবা সনানা তেম্মৈ পানবা খোৎবা তেল মঙানা দুঃশাসনদা থাখি ॥২০॥ মংম্ ওদুদ দুঃশাসননা নোক্ল-নোক্লা খোৎবা তেল অহুম্না সাত্যকিদা থারগা অমুক্সু মঙানা কন্না থাজিনখি ॥২১॥ অদুদগী সাত্যকিনা তেল মঙানা দুঃশাসনদা কন্না থারগা তেল অমনা মগী লৌকং ককপৎপিরম্লগা নোক্‌-নোক্লুনা অর্জ্জুনরোমদা চংখি ॥২২॥ অদুদগী খোইনা শাউথ্রবা দুঃশাসননা খোৎবা য়োৎকী শাংলবা তা অম সাত্যকি তয়া লংশিল্লকই ॥২৩॥

মহারাজ! মতম অদুদা মীৎলৈ নাবৈদা ঠৈশিংলবা সাত্যকিনা য়াম্না থুংলৈ থুনা তা অদুবু মতেক চাম থোক্ল ককখৎতুনা থাদখি ॥২৪॥ অদুদগী মহারাজ! নঙাঈবুংঙো দুঃশাসননা লৌক্লং অমা পায়খৎতুনা সাত্যকিদা তেল তরানা কন্না থারগা সিংহনাদ লাউরকই ॥২৫॥ মতম্ অসিদা খোইদোক্লা শাউরবা সাত্যকিনা দুঃশাসনবু গুমহৎতুনা মচীন্দা মেরি থোক্লা চাক্লবা লংলবা তেল মপৈ অমনা মাগী থজীন্দা কন্না থাখি ॥২৬॥ অদুদগী দুঃশাসনসু খোৎবা তেল

ততোঽস্য বাহান্ নিশিতৈঃ শরৈর্জঘ্নে মহাহবে। সারথিঞ্চ সুসংক্রুদ্ধঃ ষড়্ভিঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ॥২৮॥
ধনুরেকেন ভল্লেন হস্তাবাপঞ্চ পঞ্চভিঃ। ধ্বজঞ্চ রথশক্তিঞ্চ ভল্লাভ্যাং পরমাস্ত্রবিৎ।
চিচ্ছেদ বিশিখৈস্তীক্ষ্ণৈস্তথোভৌ পার্ষ্ণিসারথী ॥২৯॥
স ছিন্নধন্বা বিরথো হতাশ্বো হতসারথিঃ। ত্রিগর্ত্তসেনাপতিনা স্বরথেনাপবাহিতঃ ॥৩০॥
তমভিদ্রুত্য শৈনেয়ো মুহূর্ত্তমিব ভারত। ন জঘান মহাবাহুর্ভীমসেনবচঃ স্মরন্ ॥৩১॥
ভীমসেনেন হি বধঃ সুতানাং তব ভারত। প্রতিজ্ঞাতঃ সভামধ্যে সর্বেষামেব সংযুগে ॥৩২॥
তথা দুঃশাসনং জিত্বা সাত্যকিঃ সংযুগে প্রভো। জগাম ত্বরিতো রাজন্! যেন যাতো ধনঞ্জয়ঃ ॥৩৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সাত্যকিপ্রবেশে দুঃশাসনপরাজয়ে
সপ্তাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

——(:০:)——

কুম্না সাত্যকিদা থাই। সাত্যকিনসু থৌরবা তেল অহুম্না দুঃশাসনগী থজীন্দা কম্না থাখি। ॥২৭॥ অদুদগী থোইনা শাউরবা সাত্যকিনা থৌরবা তেল তরুক্না দুঃশাসনগী শগোল মরি অদুগা সারথিবু অমুক্তদা হাৎখি ॥১৮॥ অদুগী তুংদা খুৎলায় পুম্বা হৈরবা সাত্যকিনা তা মচীন্ শাবা তেল অমনা দুঃশাসনগী লীক্রংবু, মঙানা মাগী খুথাঙবু, অদুগুম্বা তা মচীনশাবা অনী অমনা কিয়াননা রথগা অনীবু অদুদগী তেল মপৈ অমনা সারথি শৈশিল অনীবু কক্থৎখি ॥২৯॥ অদুদগী ত্রিগর্ত্তগী সেনাপতিনা চংশিল্লকতুনা লীক্রং কক্পিগ্রবা, রথ য়াওদ্রবা, শগোলসু য়াওদ্রবা সারথিসু হাৎপিগ্রবা দুঃশাসনবু মাগী রথ মথক্তা হাপকৎতুনা লালকম্‌দগী থৈদোকখি ॥৩০॥ মহারাজ! মতম অসিদা ভীমসেননা হায়খিবা রাবু অদুগা রাশক্তুবু নীঙশিংদুনা সাত্যকিনা মাবু অমুক্ হাৎকে হায়দুনা তাম্নরুব্রে ॥৩১॥ মরমদি মহারাজ! ভীমসেননা নচাঈবুংঙো চামবু লালকম্‌দা হাৎকে হায়না রাশকখি ॥৩২॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না সাত্যকিনা দুঃশাসনবু মায়থীবা পীরম্লগা অর্জ্জুননা লৈরিবা অদোমদা চংশিনখি ॥৩৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধকী মনুংদা সাত্যকি প্রবেশগী মতাংদা দুঃশাসনপরাজয়গী চামতরেৎশুবা অধ্যায় লোইয়ে।

— — ০ — —

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চামগ নিপানশুবা অধ্যায়

(সাত্যকিনা লাঞ্জংবগী মহুংদা হকথেংনবা লাল)

——:০:——

**ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।**

কিং তস্যাং মম সেনায়াং নাসন্ কেচিন্মহারথাঃ। যে তথা সাত্যকিং যান্তং নৈবাঘ্নন্ নাপ্যবারয়ন্ ॥১॥
একো হি সমরে কর্ম্ম কৃতবান্ সত্যবিক্রমঃ। শক্রতুল্যবলো যুদ্ধে মহেন্দ্রো দানবেষ্বিব ॥২॥
অথবা শূন্যমাসীত্তদ্যেন যাতঃ স সাত্যকিঃ। একো হি বহুলাঃ সেনাঃ প্রমৃদ্নন্ পুরুষর্ষভঃ ॥৩॥
কথঞ্চ যুধ্যমানানামতিক্রান্তো মহাত্মনাম্। একো বহূনাং শৈনেয়স্তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়। ॥৪॥

**সঞ্জয় উবাচ।**

রাজন্। সেনাসমুদ্যোগো নাগাশ্বরথপত্তিমান্। তুমুলস্তব সৈন্যানাং যুগান্তসদৃশোঽভবৎ ॥৫॥
আহূতেষু তব সৈন্যস্য মানদ।। নাস্তি লোকে সমঃ কশ্চিৎ সমূহ ইতি মে মতিঃ ॥৬॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়। ঐখোয়গী কৌরব তেঙ্গোলগী মনুংদা সাত্যকিবু কাহৌবা হাৎহৌবা ঙম্বা মীশিংবু কনা অমতা য়াওরম্দ্রবরা? ॥১॥ দৈত্যদানবশিংগা ইন্দ্রমথন্তগা শোক্সবগা ইন্দ্রনা ঙম্বদুগুম্মহুনা সাত্যকি মথন্তনা কৌরবকী অকনবশিংবু জয় তৌরমহুনা চৎখি ॥২॥ নিপা অথোইবা সাত্যকি হাযবা অসিনা মথন্তনা লাম্মী মপৈবু হাৎতুনা চৎখিবা লম্বী অহু খিংবিনবা কনা অমতা লৈতহুনা ঈহাঙ হাঙনা অহুম্মক্ লৈরবা লম্বী জাৎলা ॥৩॥ নত্রবদবু মথন্তনা অহুক্ য়াম্বা অকনবশিং অহুবু হাৎলমহুনা করম্বা চঙখ্রিবনো? করে অহু মঙায়'য় সঞ্জয়। ঐনা হংলিবশিংসে শুগাইনা তাক্তুনা মথা লীথো ॥৪॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! মহারাজগী কৌরব তেঙ্গোল হায়বসে শগোল্ শামু-রথ খোঙমী লাম্মীনা পীক থম্বা লৈবনি। অহুনা শাম্বিবা তেঙ্গোল মশা অহুমক্ থাংগৈশেংবা রুদ্রমকী মতৌনি ॥৫॥ ঈকায়খুম্নবদা মতীক্চায়বশিংদা ঈকায়খুম্নবিবা মহারাজ! মহারাজগী নচাঈবুংঙোশিংগী কৌরব লাম্মী মপৈ অহুমা মান্নবা অমত্ত

তত্র দেবাঃ স্ম ভাষন্তে চারণাশ্চ সমাগতাঃ। এতদন্তাঃ সমূহা বৈ ভবিষ্যন্তি মহীতলে ।৭।
ন চৈব তাদৃশঃ কশ্চিদ্ব্যূহ আসীদ্বিশাংপতে।। যাদৃগ্‌জয়দ্রথবধে দ্রোণেন বিহিতোঽভবৎ ॥৮।
চণ্ডবাতাভিপন্নানাং সমুদ্রাণামিব স্বনঃ। রণেঽভবদ্বলৌঘানামন্যোন্যমভিধাবতাম্ ।৯।
পার্থিবানাং সমেতানাং বহুন্যাসন্ নরোত্তম।। স্ববলে পাণ্ডবানাঞ্চ সহস্রাণি শতানি চ ।১০॥
সংরব্ধানাং প্রবীরাণাং সমরে দৃঢ়কর্ম্মণাম্। তত্রাসীৎ সুমহান্ শব্দস্তুমুলো লোমহর্ষণঃ ।১১।
অথাক্রন্দদ্ভীমসেনো ধৃষ্টদ্যুম্নশ্চ পার্ষতঃ। নকুলঃ সহদেবশ্চ ধর্ম্মরাজশ্চ পাণ্ডবঃ ।১২।
আগচ্ছত প্রহরত দ্রুতং বিপরিধাবত। প্রবিষ্টাবরিসেনাং হি বীরৌ মাধবপাণ্ডবৌ ।১৩।
যথা সুখেন গচ্ছেতাং জয়দ্রথবধং প্রতি। তথা প্রকুরুত ক্ষিপ্রমিতি সৈন্যান্যচোদয়ন্ ।১৪।
তয়োরভাবে কুরবঃ কৃতার্থাঃ স্যুর্বয়ং জিতাঃ। তে যূয়ং সহিতা ভূত্বা তূর্ণমেব বলার্ণবম্।
ক্ষোভয়ধ্বং মহাবেগাঃ পবনাঃ সাগরং যথা ।১৫।
ভীমসেনেন তে রাজন্! পাঞ্চাল্যেন চ চোদিতাঃ। আজঘ্নুঃ কৌরবান্ সংখ্যে ত্যক্ত্বাসূনাত্মনঃ প্রিয়ান্ ।১৬।
ইচ্ছন্তো নিধনং যুদ্ধে শস্ত্রৈশ্চত্তেমতেজসঃ। স্বর্গেপ্সবো মিত্রকার্য্যে নাভ্যনন্দন্ত জীবিতম্ ॥১৭;
(যুগ্মকম্)

---

অমতা খোকখিদে-লৈখিদে হায়বসি ঐনা থাজৈশেংনা হায়বা ওম্মী ॥৬॥ নোংমদোম্বকী লাইয়ামক্লবু "অসিরাই মঙায় মর্ত্ত্য লোকত তিনগদবা মীয়াম্‌দি"—অশুম্না হায়নখ্রিবনি ॥৭॥ মহারাজ! জয়দ্রথ হাৎপগী সুমিত্তা দ্রোণনা শাখিবা অসিগুম্বা ব্যূহদি মমাংঙৈদা কনা অমতনা শাখিদ্রি ॥৮॥ ন্নুংশিৎকী ইপোমনা ফুরবা সমুদ্রগী ঈরাওখোলগুম্না লান্মী তেঙ্গোল্ অহু পুমনিন নিনখি। খোইরেল্ মশা পানখি ॥৯॥ মহারাজ! কৌরব তেঙ্গোল্ অমদি পাণ্ডবশিংগী তেঙ্গোল্ অনীমক্তা কল্ল কল্লবা নিংথৌ কয়া কয়া পুনখ্রে ॥১০॥ অহুদগীদি মরিল মথোনা লৈরবা অকনবা থবক্ তৌওম্বা অকনবা লান্মীশিং অহুগী মরক্তা তুজুংবা পোক্‌পা লাঙ্গাও অমা হৌখ্রে ॥১১॥ অহুগী তুংদা ভীমসেন, পৃষতনন্দন ধৃষ্টদ্যুম্ন, নকুল, সহদেব অহুগা পাণ্ডুনন্দন যুধিষ্ঠিরনা—খোঞ্জেন হৌনা লাওবা হৌরক্‌লে ॥১২॥ "লান্মীশা! লাউ! হন্‌গন্নু, চেলশিন্নু! য়েক্নবা হাৎল্নু! নখোয় হৌজিক্ করিমতা চিংনবা কিবা তৌরন্নু। মরমদি হৌজিক্ অর্জ্জুনগা সাত্যকিগা অনী পুন্না লালক্তা চণ্ডখ্রে" ॥১৩॥ "হৌজিক্তি অনী অসিনা, জয়দ্রথ হাৎননবা তৌরনি। অহুনা নখোয় থুনা য়াঙনা থোরাং তৌরো।" অসুম্ হায়না লাউরা লাউরগুনা পাণ্ডবশিংনা লান্মীশিংবু থৌজিল্লক্‌ই ॥১৪॥ মীশক্ অনীসি হেক্ লৈতবদা ঐখোয় মায়থীবা কংলবনি হায়না থল্লু। অদুম্ তৌগ্রবদি কৌরবলান্মীশিংনা নীওবা থ,ংগ্রনি। মরম্ অদুনা ন্নুংশিংনা য়েবদা ঈপাক্লা ঈথক্ হৌবগুম্ নখোয় ময়ামনা ফুজিন্দুনা কৌরব তেঙ্গোল-ঈপাক্ অসি ঈথক্ হৌহল্লু" ॥১৫॥ মহারাজ! ভীমসেনগা ধৃষ্টদ্যুম্নগা অনীনা পাণ্ডবলান্মী মপৈবু পুক্লীং থৌগৎলক্লবদা, পাণ্ডবলান্মী পুন্নমক্ মাগী মাগী থুৎলায় পায়থৎনহুনা নীঙহন্নদবা লালদা থরাই থারগা স্বর্গ কংগে হায়না থল্লুনা ন্নুংশিজনবা মথরাইবু থাগে হায়বগীদমক্ কৌরবলান্মী মপৈ-

তথৈব তাবকা রাজন্! প্রার্থয়ন্তো মহদ্‌যশঃ। আর্য্যাং যুদ্ধে মতিং কৃত্বা যুদ্ধায়ৈবাভতস্থিরে ॥১৮॥
তস্মিংস্তু তুমুলে যুদ্ধে বর্ত্তমানে ভয়াবহে। জিত্বা সর্ব্বাণি সৈন্যানি প্রায়াৎ সাত্যকিরর্জ্জুনম্ ॥১৯॥
কবচানাং প্রভাস্তত্র সূর্য্যরশ্মিবিমিশ্রিতাঃ। দৃষ্টীঃ সংখ্যে সৈনিকানাং প্রতিজঘ্নুঃ সমন্ততঃ ॥২০॥
তথা প্রয়তমানানাং পাণ্ডবানাং মহাত্মনাম্। দুর্য্যোধনো মহারাজ! ব্যগাহত মহদ্বলম্ ॥২১॥
স সন্নিপাতস্তুমুলস্তব তেষাঞ্চ ভারত!। অভবৎ সৈন্যানামভাসর্ব্বিষকরণো মহান্ ॥২২॥

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

তথাগতেষু সৈন্যেষু তথা কৃচ্ছ্রগতঃ স্বয়ম্। কচ্চিদ্দুর্য্যোধনঃ সূত! নাকার্ষীৎ পৃষ্ঠতো রণম্ ॥২৩॥
একস্য চ বহূনাঞ্চ সন্নিপাতো মহাহবে। বিশেষতো নরপতেবিষম্যঃ প্রতিভাতি মে ॥২৪॥
সোঽত্যন্তসুখসংবৃদ্ধো লক্ষ্ম্যা লোকস্য চেশ্বরঃ। একো বহূন্ সমাসাদ্য কচ্চিন্নাসীৎ পরাঙ্মুখঃ ॥২৫॥

## সঞ্জয় উবাচ।

রাজন্! সংগ্রামমাশ্চর্য্যং তব পুত্রস্য ভারত!। একস্য বহুভিঃ সার্দ্ধং শৃণুষ গদতো মম ॥২৬॥
দুর্য্যোধনেন সমরে পাণ্ডবী পৃতনা রণে। নলিনী দ্বিরদেনেব সমন্তাদ্বিপ্রলোড়িতা ॥২৭॥
পাণ্ডুসেনাং হতাং দৃষ্ট্বা তব পুত্রেণ মাবিষ!। ভীমসেনপুরোগাস্তং পাঞ্চালাঃ সমুপাদ্রবন্ ॥২৮॥

---

রোম্‌দা চঙশিল্লকৃলে। মকুপ মীচঙগীদমক্তা থরাই থাদোক্‌পদা কনা অমতনা হালেংবা তৌথিদে ॥১৬-১৭॥ মহারাজ! মতৌসিগুম্না মহারাজগী কৌরবলাম্মীশিংনসু মথরাই পাম্মুদনা লালফম্‌দা চোংথোরকৃন্সে ॥১৮॥ অম্সুম্না কন্না শোরুম্বরুবা মতম্‌সিদা কৌরবলাম্মী ময়াম্‌বু জয় তৌরম্‌লুনা সাত্যকিসি অর্জ্জুনগী মাইগৈরোম্‌দা অগুম্ নক্‌শিল্লকৃই ॥১৯॥ মতম্ অসিদা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমক্কী লাম্মীশিং অতুগী মশাদা শেৎলি চারিবা নীক্‌কোল্ কিয়োলশিং অতুনা নুমিৎকী মশেক্না ফুবদা তগুপ তরেংনা থোইনা নীঙথিজখি ॥২০॥ মহারাজ মহাত্মা ওইরবা পাণ্ডবশিংনা জয় ওইনবা কন্না হোৎনরকৃপা মতম্‌অসিদা দুর্য্যোধন অসি চাউরবা পাণ্ডব লাম্মী মরক্ অতুদা চঙশিল্লকৃই ॥২১॥ ভরতনন্দন! অতুদগীদি মীকুপ-মীকুপ্ত মী লখা লখা তুনবা-শিনবা কল্লবা লাঞ্জাও অমা থোক্‌খি ॥২২॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! পাণ্ডবশিংনা অম্সুম্না কন্না তক্-শিল্লকৃপা মতম্‌সিদা দুর্য্যোধননা পাণ্ডব লাম্মী মরক্তা হোচ্চিনখ্রিবন্থবু মহাক্ নীঙহম্‌মক্তেদনকো? ॥২৩॥ মমম্‌দি মীয়ামগা লাম্মী মথক্তনা শোক্লবা হায়বসি, অতুদগী হেন্দোক্তৃনা নিংথৌ অমনা মথন্তগা শোক্লবা হায়বসি য়াম্না শাথিমা থুদোংথীকম্‌নি হায়না ঐনা খল্লি ॥২৪॥ অকন্থুংঙাইগী মরক্তদা য়োক্লক্ চাউরক্লবা প্রজাপুম্বগী মবুংঙো ওইরা, রাজলক্ষ্মী অমগী মপুওইরবা দুর্য্যোধননা লালক্ত, চঙশিল্লুবগা হন্দি হল্লক্তেদনকো? ॥২৫॥ ভরতনন্দন, মহারাজ! লাম্মী ময়াম্‌গা দুর্য্যোধন মথন্তগা কন্না থেংনখিবা লালগী মতাং অহ তাথবিরো ॥২৬॥ কল্লবা চাউরবা থম্বাল থম্না শাৎলবা পুখ্রি অমবু নৈথাইরকৃপগী মতৌগুম্না দুর্য্যোধন মথন্তনা পাণ্ডবলাম্মীশিংবু নৈথাইবা হৌরক্লে ॥২৭॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ! দুর্য্যোধননা পাণ্ডব লাম্মী অয়াম্‌বা হাৎ-চিল্লকৃপসি উবদা পাঞ্চাল লাম্মীশিংনা ভীমসেননা মাঙ থারদুনা দুর্য্যোধনলোমদা চঙশিল্লকৃই ॥২৮॥

স ভীমসেনঃ দশভির্মাদ্রীপুত্রৌ ত্রিভিস্ত্রিভিঃ। বিরাটদ্রুপদৌ ষড্ভিঃ শতেন চ শিখণ্ডিনম্ ॥২৯॥
ধৃষ্টদ্যুম্নঞ্চ বিংশত্যা ধর্ম্মপুত্রঞ্চ সপ্তভিঃ। কেকয়ান্ দশভির্বিদ্ধা দ্রৌপদেয়াংস্ত্রিভিস্ত্রিভিঃ ॥৩০॥
শতশশ্চাপরান্ যোধান্ সদ্বিপাংশ্চ রথান্ রণে। শরৈরবচকর্ত্তোগ্রৈঃ ক্রুদ্ধোঽন্তক ইব প্রজাঃ ॥৩১॥
(বিশেষকম্)

ন সন্দধদ্বিমুঞ্চন্ বা মণ্ডলীকৃতকার্ম্মুকঃ। অদৃশ্যত রিপূন্ নিঘ্নন্ শিক্ষয়াস্ত্রবলেন চ ॥৩২॥
তস্য তান্ নিঘ্নতঃ শত্রূন্ হেমপৃষ্ঠং মহদ্ধনুঃ। অজস্রং মণ্ডলীভূতং দদৃশুঃ সমবে জনাঃ ॥৩৩॥
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা। ভল্লাভ্যামচ্ছিনদ্ধনুঃ। তত্র পুত্রস্য কৌরব্য। বর্ত্তমানস্য সংযুগে ॥৩৪॥
বিব্যাধ চৈনং দশভিঃ সম্যগস্তৈঃ শিতৈঃ শরৈঃ। বর্ম্ম চাশু সমাসাদ্য তে ভগ্নাঃ ক্ষিতিমাবিশন্ ॥৩৫॥
ততঃ প্রমুদিতাঃ পার্থাঃ পরিবব্রুর্যুধিষ্ঠিরম্। যথা বৃত্রবধে দেবাঃ পুরা শক্রং মহর্ষয়ঃ ॥৩৬॥
ততোঽন্যদ্ধনুরাদায় তব পুত্রঃ প্রতাপবান্। তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি রাজানং ব্রুবন্ পাণ্ডবমভ্যয়াৎ ॥৩৭॥
তমায়ান্তমভিপ্রেক্ষ্য তব পুত্রং মহামৃধে। প্রত্যুদ্যযুঃ প্রমুদিতাঃ পাঞ্চালা জয়গৃদ্ধিনঃ ॥৩৮॥
তান্ দ্রোণঃ প্রতিজগ্রাহ পরীপ্সন্ যুধি পার্থিবম্। চণ্ডবাতোদ্ধতান্ মেঘান্ নিরিবম্বুমুচো যথা ॥৩৯॥

---

শাউরবা যমরাজনা থরাই পানবশিংবু হাৎলকপা অহুগুম্না দুর্য্যোধননা থোরবা ভেল তরানা ভীমদা, অহুম্ অহুম্না নকুল সহদেবদা তকক্, তরুক্না বিরাট দ্রুপদদা, চামনা শিখণ্ডীদা কুম্না ধৃষ্টদ্যুম্নদা, তবেৎনা যুধিষ্ঠিরদা তরানা কেকয়দেশগী মচীনমনাও মঙাদা, অহুম্, অহুম্না দ্রৌপদীগী মচাশিংদা, অহুগা চাম চামনা খুজিং ওইহুনা পাণ্ডব পক্ষগী শগোল শামু তোংবা লাম্মী অমদি রথীশিংদা কম্না কম্না থাজিল্লকই ॥২৯-৩১॥ দুর্য্যোধননা মশাগী পাঙ্গল অমদি বিদ্যাগী পাঙ্গল্না য়েক্কবশিংবু হাৎপা হৌরকপা মতম্সিদা মহাক্না করম্বা মতম্দা তেল শৎখিবা, করম্বা মতম্দা তেঙ্গাথোংখিবা, করম্বা মতম্দা কাপথোক্খিবা অসি পুন্নমক্সি করিমতা উবা ফংদে। মরী মরী মশাং অমতা ওইনা লাক অহুনা চাকাগী মতৌগুম্না কোইরপ কোয়না লৈবা অহুত উনখি ॥৩২॥ দুর্য্যোধননা য়েক্কবা মরক্ত লৈহুনা শোক্করকপা মতম্সিদা মহাক মশাবু দি কনা অমতনা উবা ফংখিদে। সনানা তগুপ্ তবেনা হৎলবা কোইরপ্ কোয়না লৈবা লীক্রং অহুতা উবা ফংনখি ॥৩৩॥

কৌরব নন্দন মহারাজ। মতৌ অম্মুম্না নচাঙ্গইবুংভো দুর্য্যোধননা য়েক্কবশিংবু জয় তৌগে হায়না কম্না হোৎনরকপাসদা যুধিষ্ঠিরনা তামচীন্শাবা থোরবা তেল্ অনীনা মাগী লীক্রং অহু ককথৎখি ॥৩৪॥ অহুদগী অমুক্ মপা চুম্না কাপশিল্লক্লুনা থোরবা তেল্ তরানা দুর্য্যোধনগী থজিল্দা কম্না থাখি। তেলশিং অহুনা দুর্য্যোধনগী মশাদা লীৎলিবা লালফুরিৎ অহুদগী কাওদৎখিহুনা অসোম্বাংমদা লীথোক্খিহুনা লৈমুংদা মশক্ উদমখে চওখি ॥৩৫॥ বৃত্রাসুর হাৎউৈদা নোংম-দোম্বকী লাইয়াম্না ইন্দ্রবু ঈকোয় কোয়শিন্ন থমখিবহুগুম্না পাণ্ডবশিংনা নংঙাইখিহুনা যুধিষ্ঠিরবু কোয়শিন্দুনা ঙাকশেন্দুনা থমখি। ॥৩৬॥ অহুদগীদি দুর্যোধন অসি "লৈরম্মু, লৈরম্মু খাঙঙ্।" হায়না হন্না হন্না লাউহুনা অতোপ্পা লীকং পাযথত্তুনা যুধিষ্ঠির তয়া ফুজাল্লকই ॥৩৭॥ দুর্য্যোধননা চঙশিল্লকপহু উবদা জয় তৌনিংলবা পাঞ্চালশিংনা দুর্য্যোধনগী মায়োক্ য়াখি ॥৩৮॥ মতম্ অহুদা

তত্র রাজন্! মহানাসীৎ সংগ্রামো লোমহর্ষণঃ। পাণ্ডবানাং মহাবাহো! তাবকানাঞ্চ সংযুগে।
রুদ্রস্যাক্রীড়সদৃশঃ সংহারঃ সর্বদেহিনাম্ ॥৪০॥
ততঃ শঙ্খো মহানসীদ্‌যাতো যেন ধনঞ্জয়ঃ। অতীব সর্ব্বশব্দেভ্যো লোমহর্ষকরঃ প্রভো! ॥৪১॥
অর্জ্জুনস্য মহাবাহো! তাবকানাঞ্চ ধন্বিনাম্। মধ্যে ভারতসৈন্যস্য মাধবস্য মহারণে
দ্রোণস্যাপি পরৈঃ সার্দ্ধং ব্যূহদ্বারে মহারণে ॥৪২॥ (যুগ্মকম্)
এবমেষ ক্ষয়ো বৃত্তঃ পৃথিব্যাং পৃথিবীপতে!। ক্রুদ্ধেঽর্জ্জুনে তথা দ্রোণে সাত্বতে চ মহারথে ॥৪৩॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সাত্যকিপ্রবেশে সঙ্কুলযুদ্ধে
অষ্টাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

---

মংশিৎনা হুম্‌জিল্লক্ষবা নোং মতুম মতুম্ম চীঙজাওনা ভাকৃথোকৃপদ্দুগুম্না দ্রোণনা দুর্য্যোধনবু কন্‌গে হায়বগীদমক্ পাঞ্চালশিংগী মায়োক্ য়াখি ॥৩৯॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা জগৎপু সংহার তৌব মতমদা রুদ্রনা তাণ্ডব জগোঈ শাবগুম্না লাল্‌ফম্ অদুদা লৈরিবা লাম্মী পুম্নমক্ অমগমগ থেংগাইনরি ফুনরি, শিনরি, রাম্থনরি ॥৪০॥ অকনবা মহারাজ! মতম্ অসিদা অর্জ্জুননা চঙথ্রিবা অলোম্‌দা, অর্জ্জুনগী লাম্মীশিংগা কৌরবকী লাম্মীশিংগা অমগমগ খুৎথেংননা শোক্লবগী হৌরবা মীনিন অম তাখি। অমরোম্‌দগী, সাত্যকিগা কৌরবলাম্মীশিংগা থেংনবগী হৌরবা, লাউথোং-বগী মীনিন অমস্ত লাকৃলি। মেহুগী থোং মপা অদুদা পাণ্ডবলাম্মীশিংগা দ্রোণগা থেংনবগী যল্লবা ইনিন্ অমস্ত তারি ॥ ৪১-৪২॥ মহারাজ! মহারথী ওইরবা অর্জ্জুন, দ্রোণ, সাত্যকিগুম্বা অহুম্ অসিনা হেক্ হেক্ শাউরবপদা পৃথিবীগী মীশিং অসি হেক্ হেক্ হৈম্বে ॥৪৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা জয়দ্রথবধগী মন্নুংদা সাত্যকি প্রবেশগী মতাংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী চামনিপাল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## নবাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

চামমাপলশুবা অধ্যায়ঃ ॥

( দ্রোণগী মথৌনা )

সঞ্জয় উবাচ।

অপরাহ্নে মহারাজ! সংগ্রামঃ সমপদ্যত। পর্জ্জন্যসমনির্ঘোষঃ পুনর্দ্রোণস্য সোমকৈঃ ॥১॥
শোণাশ্বং রথমাস্থায় নরবীরঃ সমাহিতঃ। সমরেঽভ্যদ্রবৎ পাণ্ডূন্ জবমাস্থায় মধ্যমম্ ॥২॥
তব প্রিয়হিতে যুক্তো মহেষ্বাসো মহাবলঃ। চিত্রপুঙ্খৈঃ শিতৈর্বাণৈঃ কলসোত্তমসম্ভবঃ ॥৩॥
বরান্ বরান্ হি যোধানাং বিচিন্বন্নিব ভারত!। অক্রীড়ত রণে রাজন্! ভারদ্বাজ প্রতাপবান্ ॥৪॥

( যুগ্মকম্ )

তমভ্যায়াদ্‌বৃহৎক্ষত্রঃ কৈকেয়ানাং মহারথঃ। ভ্রাতৄণাং নৃপ! পঞ্চানাং জ্যেষ্ঠঃ সমরকর্কশঃ ॥৫॥
বিমুঞ্চন্ বিশিখাংস্তীক্ষ্ণানাচার্য্যচ্ছাদয়দ্ভৃশম্। মহামেঘো যথা বর্ষং বিমুঞ্চন্ গন্ধমাদনে ॥৬॥
তস্য দ্রোণো মহারাজ! স্বর্ণপুঙ্খান্ শিলাশিতান্। প্রেষয়ামাস সংক্রুদ্ধঃ সায়কান্ দশ পঞ্চ চ ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! সুমিৎ য়ুংথ্রবা আ-মতুংদা সোমকশিংগা দ্রোণগা অকিবা ফংনা থেংনখি। নোংখোংবা-খাকপগী মতৌগুম্না লালকম্ অমত্থ পুম্নিন্ নিন্‌খি ॥১॥ নিপা অথোইবা, কল্লবা দ্রোণনা ঈগী মতৌগুম্ ভাঙলবা শগোল্লচিংবা রথদা তোংখত্লনা য়াম্না পুক্নীং চঙনা চেক্‌শিন্না ময়ায় ওইরপ তৌবা খোঙথাংদা পাণ্ডবলাম্মী মপেয়োমদা চঙশিল্লকই ॥২॥ ভরতনন্দন, মহারাজ! মহারাজগী অমদি নচাঈবুংঙোশিংগী ফননবত খল্লবা, মহারথী ওইরবা, দ্রোণ ( চক্ ) মনুংদগী পোক্‌খি হায়রহনা মমিং দ্রোণ অহৃম মকোগ্রবা মতীক্ মগুণ চাউরবা নিপা অথোইবসিনা থোয় থোরবা তেন্তনা য়েক্নবালাম্মীশিংবু হাচ্চিল্লকলনা লালকম্‌দা ক্রত্রগুম জগোঈ শা-শান্থনা শান্নবগুম্ লাম্থেংনখি ॥৩-৪॥ মহারাজ! মতম অসিদা মহারথী ওইরবা, লান্দা ওম্থোক্না তমখিরবা, কেকয় দেশগী মচীন মনাও মঙাগী মনুংদা খ্বাইদগী অহল্ বৃহৎক্ষেত্র হায়রবসি দ্রোণলোমদা চঙশিল্লকই ॥৫॥ নোংগী মশীং লাক্‌ওমজ্রবা মপৈ গপৈনা গন্ধমাদনগী চীঙমায়দা তারথগুম্ বৃহৎক্ষেত্রগী তেন্তনা দ্রোণগী মশাপুম্বা পুম্নয়োম্ য়োম্থ্রে। দ্রোণদা য়াম্না কন্না চৈনাখোল পীরকলে ॥৬॥ মহারাজ! মতম অসিদা দ্রোণনা থোইদোক্না শাউখিহনা মথৌশংলবা

তাংস্তু দ্রোণধনুর্মুক্তান্ শরানাশীবিষোপমান্। একৈকং দশভির্বাণৈর্যুধি চিচ্ছেদ হৃষ্টবৎ ॥৮॥
তদস্য লাঘবং দৃষ্ট্বা প্রহসন্ দ্বিজপুঙ্গবঃ। প্রেষয়ামাস বিশিখানষ্টৌ সন্নতপর্ব্বণঃ ॥৯॥
তান্ দৃষ্ট্বাপততস্তূর্ণং দ্রোণচাপচ্যুতান্ শরান্। অবারয়চ্ছরৈরেব তাবদ্ভির্নিশিতৈর্দৃঢ়ৈঃ ॥১০॥
ততোঽভবন্মহারাজ! সৈন্যস্য তব বিস্ময়ঃ। বৃহৎক্ষত্রেণ তৎ কর্ম্ম কৃতং দৃষ্ট্বা সুদুষ্করম্ ॥১১॥
ততো দ্রোণো মহারাজ! বৃহৎক্ষত্রং বিশেষয়ন্। প্রাদুশ্চক্রে রণে দিব্যং ব্রাহ্মমস্ত্রং সুদুর্জ্জয়ম্ ॥১২॥
কৈকেয়োঽস্ত্রং সমালোক্য মুক্তং দ্রোণেন সংযুগে। ব্রহ্মাস্ত্রেণৈব রাজেন্দ্র! ব্রাহ্মমস্ত্রমশাতয়ৎ ॥১৩॥
ততোঽস্ত্রে নিহতে ব্রাহ্মে বৃহৎক্ষত্রস্তু ভারত! বিব্যাধ ব্রাহ্মণং ষষ্ট্যা স্বর্ণপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ ॥১৪॥
তং দ্রোণো দ্বিপদাং শ্রেষ্ঠো নারাচেন সমার্পয়ৎ স তস্য কবচং ভিত্ত্বা প্রাবিশদ্ধরণীতলম্ ॥১৫॥
কৃষ্ণসর্পো যথা মুক্তো বল্মীকং নৃপসত্তম!। তথাভ্যগান্মহীং বাণো ভিত্ত্বা কৈকেয়মাহবে ॥১৬॥
সোঽতিবিদ্ধো মহারাজ! কৈকেয়ো দ্রোণসায়কৈঃ। ক্রোধেন মহতাবিষ্টো ব্যাবর্ত্ত্য নয়নে শুভে ॥১৭॥
দ্রোণং বিব্যাধ সপ্তত্যা স্বর্ণপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ। সারথিঞ্চাস্য বাণেন ভৃশং মর্ম্মস্বতাড়য়ৎ ॥১৮॥
( যুগ্মকম্ )
দ্রোণস্তু বহুধা বিদ্ধো বৃহৎক্ষত্রেণ মারিষ!। অসৃজদ্বিশিখাংস্তীক্ষ্ণান্ কৈকেয়স্য রথং প্রতি ॥১৯॥

---

থৌরবা, সনানা তেন্না পানবা তেল তরামঙা বৃহৎক্ষেত্রদা কাপলকৃলি ॥৭॥ বৃহৎক্ষেত্রনা, দ্রোণনা কাপ্‌লকৃপা তেলশিং অদুগী অমমম্তু তেল্ তরা তরান্না ককৃথৎখি ॥৮॥ ব্রাহ্মন অথোইবা দ্রোণাচার্যনা- বৃহৎক্ষেগী মথুৎ থূবক্ত উবদা নোক্ল নোক্লা থৌরবা তেল নিপান্না মঙোন্দা থাখি ॥৯॥ দ্রোণনা কাপ্‌লকৃপা তেলশিং অদুবুস্ম বৃহৎক্ষেত্রনা ঈরাঈ লায়না তেন্তনা খিংদুনা অরেম্বদা তাহনখি ॥১০॥ বৃহৎক্ষেত্রনা তৌখ্রিবা অঙকৃপা থবক্ অসি উবদা কৌরবলাম্মী পুন্নমক্লা য়াম্না ঙক্লখি ॥১১॥ মতম অসিদা কল্লবা দ্রোণনা অমনা ঙম্ফত্রবা, থিংবা য়াত্রবা ব্রহ্মাস্ত্রবু পুথোরকৃই ॥১২॥ অদুসু মহারাজ! বৃহৎক্ষেত্রনস্তু ব্রহ্মাস্ত্র অম পুথোরকতুনা মাদুনা দ্রোণগী ব্রহ্মাস্ত্রবু ককৃথৎখি ॥১৩॥

ভরতনন্দন মহারাজ! বৃহৎক্ষেত্রনা দ্রোণগী ব্রহ্মাস্ত্র অদুবু ককৃথৎলগা সনানা তেন্না পানবা, য়োথৌনা মথৌশঙলবা তেল হুম্ফূনা দ্রোণদা কন্না থাখি ॥১৪॥ অদুদগী নিপা অথোইবা দ্রোণনস্তু য়েন্তম্ মচীনশাবা তেল অমনা বৃহৎক্ষেত্রদা কন্না থাখি, তেল অদুনা বৃহৎক্ষেত্রগী মশাদা লীৎলীবা লালফূরিৎ অদু কাওদৎখিদুনা লৈন্নুংদা চঙখি ॥১৫॥ নিংথৌ অথোইবা! মহুশুরবা লিল অমন্না হেক্ থাদোকৃপগা লৈশোগীমথুন্দা চঙশিনখিবদুগুম্না দ্রোণগী তেল অদুনা বৃহৎক্ষেত্রগী মশাকপী কাওদোকৃখিদুনা লৈন্নুংদা চুম্‌থ্রিংচুম্না চঙখি ॥১৬॥ মহারাজ! দ্রোণগী তেন্না মীনা পানদুনা শাখিনা চৈনা কংলবদুদা বৃহৎক্ষেত্র অসি থোইদোক্লা শাউখিদুনা, ঈকায়রবা মমীৎ অনী ওনৃথত্তুনা য়োথৌনা মথৌশঙলবা, থোইদোক্লা থৌরবা তেল হুম্ফূতরানা দ্রোণদা থাখি। অদুগা তেল অমনা দ্রোণগী সারথিগী থবাক্ত কন্না থাখি ॥১৭-১৮॥ ঈকায় খুম্নবগী মথক্ ওইরবা মহারাজ! বৃহৎক্ষেত্রনা বাগী সারথিদা কন্না থাখিবদুদা শাউরবা দ্রোণনা অক্তৎ অথম্

ব্যাকুলীকৃত্য তং দ্রোণো বৃহৎক্ষত্রং মহারথম্ ॥ অশ্বাংশ্চতুর্ভির্ন্যবধীচ্চতুরোঽস্য পতত্রিভিঃ ॥২০॥
সূতমেকেন বাণেন রথনীড়াদপাতয়ৎ। দ্বাভ্যাং ধ্বজঞ্চ ছত্রঞ্চ ছিত্ত্বা ভূমাবপাতয়ৎ ॥২১॥
ততঃ সাধু বিসৃষ্টেন নারাচেন দ্বিজর্ষভঃ। হৃত্তবিধ্যদ্বৃহৎক্ষত্রং স ছিন্নহৃদয়োঽপতৎ ॥২২॥
বৃহৎক্ষত্রে হতে রাজন্! কৈকেয়ানাং মহারথে। শৈশুপালিরতিক্রুদ্ধো যন্তারমিদমব্রবীৎ ॥২৩॥
সারথে। যাহি যত্রৈষ দ্রোণস্তিষ্ঠতি দংশিতঃ। বিনিঘ্নন্ কেকয়ান্ সর্ব্বান্ পাঞ্চালানাঞ্চ বাহিনীম্ ॥২৪॥
তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা সারথী রথিনাং বরম্। দ্রোণায় প্রাপয়ামাস কাম্বোজৈর্জবনৈর্হয়ৈঃ ॥২৫॥
ধৃষ্টকেতুশ্চ চেদীনামৃষভোঽতিবলোদিতঃ। বধায়াভ্যদ্রবদ্দ্রোণং পতঙ্গ ইব পাবকম্ ॥২৬॥
সোঽবিধ্যত তদা দ্রোণং ষষ্ট্যা সাশ্বরথধ্বজম্। পুনশ্চান্যৈঃ শরৈস্তীক্ষ্ণৈঃ সুপ্তং ব্যাঘ্রং তুদন্নিব ॥২৭॥
তস্য দ্রোণো ধনুর্মধ্যে ক্ষুরপ্রেণ শিতেন চ। চকর্ত্ত গার্ধ্রপত্রেণ যতমানস্য শুষ্মিণঃ ॥২৮॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় শৈশুপালির্মহারথঃ। বিব্যাধ সায়কৈর্দ্রোণং কঙ্কবর্হিণবাজিভিঃ ॥২৯॥
তস্য দ্রোণো হয়ান্ হত্বা চতুর্ভিশ্চতুরঃ। সারথেশ্চ শিরঃ কায়াচ্চকর্ত্ত প্রহসন্নিব।
অথৈনং পঞ্চবিংশত্যা সায়কানাং সমার্পয়ৎ ॥৩০॥

---

লৈতনা বৃহৎক্ষেত্রদা কাপশিল্লকই ॥১৯॥ অস্তুম্ তৌদুনা বৃহৎক্ষেত্রদা চৈনা পীরগা দ্রোণনা তেলমরিনা মাগী শগোল মরিবু হাৎখি ॥২০॥ দ্রোণনা তেল্ অমনা বৃহৎক্ষেত্রগী সারথিবু লৈমায়থক্ত তুহনখি। অদুগা তেল অনীনা মহাক্কী ফিরানগা ছত্রগা অনীবু ককৃথত্তূনা থাদখি ॥২১॥ অদুগী তুংদা দ্রোণনা থৌরবা, য়েত্তূম্ মচীনশাবা তেল অমনা বৃহৎক্ষেত্রগী থর্জীন্দা য়াম্না শাথিনা থাখি। অদুদগী বৃহৎক্ষেত্র অসি থম্মোয় থিনগাইখিদুনা লৈমায় থক্ত তুখি ॥২২॥ মহারাজ! কেকয়শিংগী মদুংদা অথোইবা লাম্মী বৃহৎক্ষেত্র হায়বসিনা তুপ্রবদা শিশুপালগী মচা ধৃষ্টকেতুনা মাগী সারথিদা অসুম্না হায়খি ॥২৩॥ "সারথি! লান্দা হৈশিংলবা দ্রোণ হায়বসিনা কৈকয় অমদি পাঞ্চালশিংবু হাংহাত্তূনা লৈরিব মফম্ অসি তাম্ন রথ অসি থৌজিল্লু।" ॥২৪॥ রথীগী রা অসি তাবদা সারথিনা কাম্বোজদেশগী য়াওলবা শগোলশিং অদুগী পাম্বেনা ধৃষ্টকেতু দ্রোণগী মমাঙদা পুশিনখি ॥২৫॥ চেদিদেশগী নিপা অথোইবা, পাঙ্গম্না ময়ায় কারবা ধৃষ্টকেতুনা দ্রোণবু মহাৎলগে হায়না থন্দুনা, মৈরানবীনা মৈয়োম্দা পাইশিনখিবগুম্ দ্রোণয়োমদা চেনশিনখি ॥২৬॥ অদুদগী মহাক্না তেল হুন্দূনা দ্রোণগী শগোল্দা রথদা অদুগা ফিরান্দা কন্না থারগা থোইনা থৌরবা তেল খরনা, দ্রোণদা কন্না থাখি ॥২৭॥ মতম অদুদা কল্লবা দ্রোণাচার্য্যনা ক্ষুর মচীনশাবা, য়েন্দুনা তেনা পানবা থৌরবা তেল অমনা, চ্যেকশিন্না লালশোক্লরিবা, নাপাল তৌরবা ধৃষ্টকেতুগী মখুত্তা পায়রিবা লীরুং অদু ময়ায় থীগাঙদা ককৃথৎখি ॥২৮॥ অদুদগী শিশুপালগী মচা ধৃষ্টকেতুনা অতোপ্পা লীরুং অম পায়খত্তূনা উরোকমতু-য়েন্দুনা তেন্নৈ পান্বা থৌরবা তেল করামুক্না দ্রোণগী থর্জীন্দা কন্না থাখি ॥২৯॥ মতম অদুদা দ্রোণনা নোক্কনোক্না তেল মখিনা ধৃষ্টকেতুগী শগোল মরি অদুবু হাৎলগা, তেল্ অমনা সারথিগী মঙক্

অবপ্লুত্য রথাচ্ছেত্তো গদামাদায় সত্বরঃ। ভারদ্বাজায় চিক্ষেপ ক্রুদ্ধামিব পন্নগীম্ ॥৩১॥
তামাপতন্তীমালোক্য কালরাত্রিমিবোদ্যতাম্। অশ্মসারময়ীং গুর্বীং তপনীয়বিভূষিতাম্।
শরৈরনেকসাহস্রৈর্ভারদ্বাজোঽচ্ছিনচ্ছিতৈঃ ॥৩২॥
সা চ্ছিন্না বহুভির্বাণৈর্ভারদ্বাজেন মারিষ!। গদা পপাত কৌরব্য! নাদয়ন্তী ধরাতলম্ ॥৩৩॥
গদাং বিনিহতাং দৃষ্ট্বা ধৃষ্টকেতুরমর্ষণঃ। তোমরং ব্যসৃজত্তূর্ণং শক্তিঞ্চ কনকোজ্জ্বলাম্ ॥৩৪॥
তোমরন্তু ত্রিভির্বাণৈর্দ্রোণশ্ছিত্ত্বা মহাহবে। শক্তিঞ্চিচ্ছেদ শতধা কৃতহস্তো মহাবলঃ ॥৩৫॥
ততোঽস্য বিশিখং তীক্ষ্ণং বধার্থং বধকাঙ্ক্ষয়া। প্রেষয়ামাস সমরে ভারদ্বাজঃ প্রতাপবান্ ॥৩৬॥
স তস্য কবচং ভিত্ত্বা হৃদয়ঞ্চামিতৌজসঃ। অভ্যগাদ্ধরণীং বাণো হংসঃ পদ্মবনং যথা ॥৩৭॥
ক্ষুদ্রং পতঙ্গং গ্রসতে যথা চাসো বুভুক্ষিতঃ। তথা দ্রোণোঽগ্রসচ্ছূরো ধৃষ্টকেতুং মহাহবে ॥৩৮॥
নিহতে চেদিরাজে তু তৎখণ্ডং পিত্র্যমাবিশৎ। অমর্ষবশমাপন্নঃ পুত্রোঽস্য পরমাস্ত্রবিৎ ॥৩৯॥
তমপি প্রহসন্ দ্রোণঃ শরৈর্নিন্যে যমক্ষয়ম্। মহাব্যাঘ্রো যথারণ্যে মৃগশাবং বুভুক্ষিতঃ ॥৪০॥
তেষু প্রক্ষীয়মাণেষু পাণ্ডবেয়েষু ভারত।। জরাসন্ধসুতো বীরঃ স্বয়ং দ্রোণমুপাদ্রবৎ ॥৪১॥
স তু দ্রোণং মহাবাজ ছাদয়ন্ সায়কৈঃ শিতৈঃ। অদৃশ্যমকরোত্তূর্ণং জলদো ভাস্করং যথা ॥৪২॥

---

অহ হকচাংদগী তোঙান্না তাহনখি। অদুদগী তেল্ কুম্মতানা ধৃষ্টকেতুদা কন্না শাখিনা থাখি ॥৩০॥ অদুদগী ধৃষ্টকেতু অসি রথমথক্কী চোংথদুনা, গদা অম পায়থংলগা চেন্নশিন্নক্লুনা গদা অদু দ্রোণ তম্না লংশিল্লকই ॥৩১॥ য়োংমচি (ইস্পাত) না শারবা সনানা হাঙ্গংথৈরবা, থোইনা লুম্নবা গদা অদুনা পাইশিল্লক্লবদা দ্রোণনা তেল মপৈ অমনা মাদুবু ভাকৃথোক্খি ॥৩২॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! দ্রোণগী তেল মপৈনা ভাকথোক্খিবা মতমদা গদাদু য়াম্না হোৌরবা খোঙ্গেন্নলগা লোয়ননা লৈমায়থক্ত তাখি ॥৩৩॥ গদা অদুনা অরেম্বা তাখিবদু উবদা থোইদোক্না শাউরবা ধৃষ্টকেতুনা খোৌরবা থাঙ অতেনবা অপাকপা অমগা অদুগী তুংদা শাংলবা তা অমগা দ্রোণ তম্না লংশিল্লকই ॥৩৪॥ মখুংথুরবা হৈরবা দ্রোণনা তেল অহুমনা থাঙ অদুবু কক্থংলগা তা অদুবুসু মতেক চামথোক্না কক্থত্নুনা থাদখি ॥৩৫॥ মতম্ অদুদা ধৃষ্টকেতুবু হাংলগে হায়না খল্লবা দ্রোণনা খোৌরবা তেল অমশত্নুনা মপা চুম্না কাপশিল্লকই ॥৩৬॥ কাংগুনা থম্বাল মরক্তগী ফাওদোক্তুনা পাইথোক্খিবদুগুম্ব তেল অদুনা কল্লবা ধৃষ্টকেতুগী লাফুরিং অমদি থম্মোয়বু খিনগাইরন্নগা আসোমরাংমদা লৈথোকখিদুনা লৈমুংদা চংখি ৩৭॥ লাম্নবা উরেং কোম্ব্বোনা তীলকাওবু কাফাদুনা য়োচ্ছিনখিবদুগুম্না দ্রোণনা ধৃষ্টকেতুবু য়োচ্ছিনখি হাংখি ॥৩৮॥ চেদি নিংথৌনা ধৃষ্টকেতুবু হাংথ্রবদা মাগী খুংলায়হৈবা মচানিপানা মপা হাংখিবগী লমন খুম্গে হায়দুনা দ্রোণ তম্না হোচ্ছিল্লি ॥৩৯॥ লাম্নবা কৈনা শজীমচাবু য়োচ্ছিনখিবদুগুম্না, দ্রোণনা নোক্না নোক্না খোৌরবা তেল অমনা মহাক্পুসু যমালয়দা থাখি ॥৪০॥

ভরতনন্দন! মহারাজ! মতৌ অসুম্না পাণ্ডবপক্কী লাম্মী অথোইবা করা কয়ানা মুংশিল্লক্লবদা জরাসন্ধগী অকনবা মচানিপা অদু দ্রোণ তম্না মুজিল্লকই ॥৪১॥ মহারাজ! জরাসন্ধগী

তস্য তল্লাঘবং দৃষ্ট্বা দ্রোণঃ ক্ষত্রিয়মর্দ্দনঃ। ব্যসৃজৎ সায়কাংস্তূর্ণং শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥৪৩॥
ছাদয়িত্বা রণে দ্রোণো রথস্থো রথিনাং বরম্। জারাসন্ধিমথো জঘ্নে মিষতাং সর্বধন্বিনাম্ ॥৪৪॥

যো যোঽস্য নীয়তে তত্র তং তং দ্রোণোঽন্তকোপমঃ।
আদত্ত সর্বভূতানি প্রাপ্তে কালে যথান্তকঃ ॥৪৫॥
ততো দ্রোণো মহেষ্বাসো নাম বিশ্রাব্য সংযুগে।
শরৈরনেকসাহস্রৈঃ পাণ্ডবেয়ান্ ব্যমোহয়ৎ ॥৪৬॥
তে তু দ্রোণাঙ্কিতা বাণাঃ স্বর্ণপুঙ্খাঃ শিলাশিতাঃ।
নরান্ নাগান্ হয়াংশ্চৈব নিজঘ্নুঃ সর্ব্বতো রণে ॥৪৭॥

তে বধ্যমানা দ্রোণেন শক্রেনেব মহাসুরাঃ। সমকম্পন্ত পাঞ্চালা গাবঃ শীতার্দ্দিতা ইব ॥৪৮॥
ততো নিষ্টানকো ঘোরঃ পাণ্ডবানামজায়ত। দ্রোণেন বধ্যমানেষু সৈন্যেষু ভরতর্ষভ। ॥৪৯॥
মোহিতা বাণজালেন ভারদ্বাজেন সংযুগে। উরুগ্রাহগৃহীতা হি পাঞ্চালানাং মহারথাঃ ॥৫০॥
চেদয়শ্চ মহারাজ। সৃঞ্জয়াঃ সোমকাস্তথা। অভ্যদ্রবন্ত সংহৃষ্টা ভারদ্বাজং যুযুৎসয়া ॥৫১॥
ক্রুবন্তশ্চ রণেঽন্যোন্যং চেদিপাঞ্চালসৃঞ্জয়াঃ। হত দ্রোণং হত দ্রোণমিতি দ্রোণমভ্যয়ুঃ ॥৫২॥

---

মচা অসিনা, নোংগী মপৈনা নুমিৎপু থুমজিনখিবা অদুগুম্না, তেল মনম্‌মনম্ কাপশিলকৃতুনা দ্রোণবু মশক্ উহনখিদ্রে ॥৪২॥ জরাসন্ধগী মচাগী মথুৎ থুবা হৈবতু উবদা দ্রোণনা মতোন্দা তেল্ চাম চাম, লিশিং লিশিংনা থুজিং ওইদুনা কাপশিনখি ॥৪৩॥ রথ মথক্তা লৈরিবা দ্রোণনা জরাসন্ধগী মচা অসিবু তেন্না পুম্‌কুপ কৃপতুনা হন্নগা মহারথী কয়াগী মমাঙমক্তদা রথী অথোইবা জরাসন্ধগী মচাসিবু হাৎখি। ॥৪৪॥ মতৌঅস্তুম্না, মাগী মাগী মতম্না লোইরবদা যমরাজনা থরাইপানবশিংবু অচৌঅপিশক্ খায়দনা লৌশিনখিবদুগুম্না মহাক্কী মনাক্তা হেক্ চঙ্‌ঙ্‌বমখে যমরাজগা মান্নরবা দ্রোণনা লোইনা হাৎপা হৌরকৃলে ॥৪৫॥ মতৌ অম্তুম্না দ্রোণনা মশাগী মমিং মথা লাউর লাউরগুনা, অমুকৃমুক্ত তেন্স লিশিং লিশিং কাপতুনা পাণ্ডব পক্ষগী লান্মী শিংবু গুমহৎখি ॥৪৬॥ তেল্ অমমম্‌দা মাগী মমিং থাবা থোরবা তেল্ লিশিং লিশিং কাপশিল্লকতুনা দ্রোণনা পাণ্ডবপক্ষগী খোংমী লান্মী, শগোল শামু কয়া কয়া হাচ্ছিল্লকৃলে ॥৪৭॥ ইন্দ্রনা দৈত্যদানবশিংবু হাচিল্লকৃপদুগুম্না পাণ্ডবপক্ষগী লান্মীশিংবু হাচ্ছিল্লকৃলবা মতম্‌সিদা পাঞ্চাল লান্মী পুম্বা থক্ থক্ নীঙ্করকৃলে ॥৪৮॥ মহারাজ! দ্রোণনা অম্তুম্না হাৎচিল্লকৃলবদা পাণ্ডব-লান্মীশিংগী অরাঅনাগী হৌরবা থোঙ্গেন্না মায়গৈ অদু পুমনিন নিন্‌খি ॥৪৯॥ দ্রোণনা পাঞ্চাল লান্মী পুম্বব্ তেলগী লাংনা কাজিন্দুনা গুম্‌হৎপ্রবদুদা মখোয় পুম্বা তুক্তক্ তুক্তাই চন্দুনা তুমিন্না মথুকৃউ পায়রগুনা লৈবদগী হেন্না করিমতা তৌবা গুমখিদ্রে ॥৫০॥ মহারাজ! চেদিশিং সঞ্জয়শিং অদুগা সোমকশিংনা পুল্লপ্পা হৌদুনা য়াম্না মথ্‌স্ মরাঙ হৌনা দ্রোণ তম্না হোচ্ছিন্সকৃই ॥৫১॥ "দ্রোণ হাৎলু! দ্রোণ থৎলু!" হায়না লাউর লাউরদুনা চেদি-পাঞ্চাল-সৃঞ্জয়-সোমকশিংনা দ্রোণ তম্না চেলশিল্লকৃই ॥৫২॥

তে যতন্তো নরব্যাঘ্রাঃ সর্ব্বশক্ত্যা মহাদ্যুতিম্। নিনীষন্তো রণে দ্রোণং যমস্য সদনং প্রতি ॥৫৩॥
যতমানাংশ্চ তান্ সর্বান্ ভারদ্বাজঃ শিলীমুখৈঃ। যমায় প্রেষয়ামাস চেদিমুখ্যান্ বিশেষতঃ ॥৫৪॥
তেষু প্রক্ষীয়মাণেষু চেদিমুখ্যেষু ভারত।। পাঞ্চালাঃ সমকম্পন্ত দ্রোণসায়কপীড়িতাঃ ॥৫৫॥
আক্রোশন্ ভীমসেনং তে ধৃষ্টদ্যুম্নঞ্চ ভারত।। দৃষ্ট্বা দ্রোণস্য কর্ম্মাণি তথারূপাণি মারিষ। ॥৫৬॥
ব্রাহ্মণেন তপো নূনং চরিতং দুশ্চরং মহৎ। তথাহি যুধি সংক্রুদ্ধো দহতি ক্ষত্রিয়র্ষভান্ ॥৫৭॥
ধর্ম্মো যুদ্ধং ক্ষত্রিয়স্য ব্রাহ্মণস্য পরং তপঃ। তপস্বী কৃতবিদ্যশ্চ প্রেক্ষিতেনাপি নির্দ্দহেৎ ॥৫৮॥
দ্রোণাস্ত্রমগ্নিসংস্পর্শং প্রবিষ্টাঃ ক্ষত্রিয়র্ষভাঃ। বহবো দুস্তরং ঘোরং যত্তোঽদহ্যন্ত ভারত। ॥৫৯॥
যথাবলং যথোৎসাহং যথাসত্ত্বং মহাদ্যুতিঃ। মোহয়ন্ সর্ব্বসৈন্যানি দ্রোণো হন্তি বলানি নঃ ॥৬০॥
তেষাং তদ্বচনং শ্রুত্বা ক্ষত্রধর্ম্মব্যবস্থিতঃ। অর্দ্ধচন্দ্রেণ চিচ্ছেদ ক্ষত্রধর্ম্মা মহাবলঃ।
ক্রোধসংবিগ্নমনসো দ্রোণস্য সশরং ধনুঃ ॥৬১॥
স সংরব্ধস্ততো ভূত্বা দ্রোণঃ ক্ষত্রিয়মর্দ্দনঃ। অন্যৎ কার্ম্মুকমাদায় ভাস্বরং বেগবত্তরম্ ॥৬২॥
তত্রাধায় শরং তীক্ষ্ণং পরঘ্নং বিমলং দৃঢ়ম্। আকর্ণপূর্ণমাচার্য্যো বলবানভ্যবাসৃজৎ ॥৬৩॥ ( যুগ্মকম্ )

---

ময়াম্ পূম্নমক্ অসি হোৎনা মানা মানা ওথ্না শক্তিনা পুন্নপ্না তিন্নহনা কল্লবা দ্রোণবু হাৎলগে হায়না খল্লগ্রে ॥৫৩॥ মখোয় ময়াম্না কম্ন তক্শিল্লক্লবা মতমসিদা দ্রোণাচার্য্যনা থৌর থৌরবা তেলগী মপৈনা মখোয়বু অহুগা খিৎ হেন্না চেদিশিংবু হাচ্চিল্লকলে ॥৫৪॥ ভরতনন্দন মহারাজ! চেদিগী লাম্মীশিং অয়াম্ব তম্শিল্লকপগা লোয়ন লোয়ননা পাঞ্চালশিংসু দ্রোণগী তেলগী চৈনা ক্যংবদা থক্ থক্ নীকতুনা খাওখি ॥৫৫॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! দ্রোণনা মতৌ অসুম্না নৈবা হোৎক্লব মতম্সিদা পাণ্ডবপক্ষগী লাম্মীশিংনা ভীমসেন অমদি ধৃষ্টদ্যুম্নবু খোঞ্জেল্ হৌন-রাংনা কৌনরক্লে ॥৫৬॥ "কত্রবা তম্থিরবা ব্রাহ্মণ মচা দ্রোণ হায়রবসিনা অকনবা তপস্যা তৌহনা ক্ষত্রিয়শিংবু মাঙ্হনবা তৌরমাল্লে।" অসুম্ হায়না ময়াম্ খরনসু লাউনরক্ই ॥৫৭॥ খরনা,—"লাল্ হায়রবসিদি ক্ষত্রিয়শিংতগী মথৌনি-ধর্ম্মনি। অহুগুম্না ব্রাহ্মণ-শিংগীদি তপস্যা তৌবতনা মথৌনি। তপস্যাসু তৌরবা, লালসু হৈরবা ব্রাহ্মণনবুদি মীৎয়েং অমতনসু জগৎপুম্নবু চাক্থেকপা ক্ষিগী ওমদনি" অসুম্ হায়না লাউনরক্ই ॥৫৮॥ ভরতনন্দন, মহারাজ! মখোয়না লাউরিবসিগুম্মদনা ক্ষত্রিয়লাম্মী অথোইবা কয়া কয়ানা মৈগা মাম্নরবা, লাম্হোকপা য়াত্রবা, অকিবগী মশক্ ওইরবা, দ্রোণগী খুৎলায়-মৈসুংদা চোংশিন চোংশিন্দুনা মথ্বাই থারি ॥৫৯॥ "থোইদোক্না তেজ কল্লবা দ্রোণনা মাগী লৈজবা শক্তি বিস্থা অহুগা মরিম্না পাণ্ডবকী লাম্মী থিবিকপু শুম্হৎতুনা হাচ্চিল্লক্লি ॥৬০॥ পাণ্ডবকী লাম্মীশিংনা অসুম্না লাউনরকপসিদা তাব সুংওাইত্রহনা ক্ষত্রিয়ধর্ম্মদ পুক্নীং চঙলবা ক্ষত্রবর্ম্মানা চঙশিল্লক্লুনা থৌরবা তেল অমনা দ্রোণগী তেলগা লীক্লংগা অন্নীবু খুদক্ত ককৎখি ॥৬১॥ অদুগী তুংদা থোইনা কল্লবা, য়েক্লববু নৈহৎপওম্বা দ্রোণনা কল্লবা, লিংলবা, লীক্লং অম সৌথৎতুনা, মাহুবু লীমী তংহাপ্ হাপ্কৎতুনা থৌরবা নাল্লবা, লংলবা য়েক্লবগী মথ্বাই লৌওম্বা তেল অম শত্নুনা ক্ষত্রবর্ম্মাদা

স জীবিতমুপাদায় ধার্ষ্টদ্যুম্নেঃ শরোত্তমঃ। আশীবিষ ইব ক্রুদ্ধো জগাম ধরণীতলম্ ॥৬৪॥
স ভিন্নহৃদয়ো বাহাদপতন্মেদিনীতলে। ততঃ সৈন্যান্যকম্পন্ত ধৃষ্টদ্যুম্নসুতে হতে ॥৬৫॥
অথ দ্রোণং সমাসাদ্য চেকিতানো মহারথঃ। স দ্রোণং দশভির্বিদ্ধা প্রত্যবিধ্যৎ স্তনান্তরে।
পঞ্চভিঃ সারথিঞ্চাস্য চতুর্ভিশ্চতুরো হয়ান্ ॥৬৬॥
তমাচার্য্যস্ত্রিভির্ব্বাণৈর্ব্বাহ্বোরুরসি চার্পয়ৎ। ধ্বজং সপ্তভিরুন্মথ্য যন্তারমবধীত্রিভিঃ ॥৬৭॥
তস্য সূতে হতে বাহা রথমাদায় বিদ্রুতাঃ। সমরে শরসংবীতা ভারদ্বাজেন মারিষ ! ॥৬৮॥
চেকিতানরথং দৃষ্ট্বা বিদ্রুতং হতসারথিম্। পাঞ্চালান্ পাণ্ডবাংশ্চৈব মহদ্ভয়মথাবিশৎ ॥৬৯॥
তান্ সমেতান্ রণে শূরাংশ্চেদিপাঞ্চালসৃঞ্জয়ান্। সমন্তাদ্‌দ্রাবয়ন্ দ্রোণো বহ্বশোভত ভারত ! ॥৭০॥
আকর্ণপলিতঃ শ্যামো বয়সাশীতিপঞ্চকঃ। রণে পর্য্যচরদ্‌দ্রোণো বৃদ্ধঃ ষোড়শবর্ষবৎ ॥৭১॥

---

কাপশিল্লকই ॥৬২-৬৩॥ তেল্ অদুনা পাইশিল্লক্তুনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী মচানিপা, অকন্‌বা ক্ষত্রবর্ম্মাগী হক্চাং মনুংদা চঙশিনখিদুনা মথ্‌বাই চূপথোক্লগা লৈনুংদা মশক্ উদমখৈ চঙখি ॥৬৪॥ থম্মোয় থিন্‌গাইব্রবা মথ্‌বাই থারবা ক্ষত্রবর্ম্মা অসি রথ মথক্তগী লৈমায়ক্তা ওন্থখি ॥৬৫॥ অদুগী তুংদা চেকিতাননা দ্রোণগী মনাক্ত চঙশিল্লক্তুনা তেল তরানা দ্রোণদা থারগা অদুদগী অমুক্ তেল অমনা দ্রোণগী থজিন্দা শাথিনা থাখি। অদুদগী তেল মঙানা সারথিদা থারগা মরি অমনা শগোল মরিদা থাখি ॥৬৬॥ মতম্ অদুদা দ্রোণাচার্য্যনা তেল অহুম্না চেকিতানগী মপাম্বোম অনীদা অদুগা মথবাক্ত কম্ন থাখি। অদুদগী তেল তরেৎনা ফিরান্‌বু কক্‌থৎলগা থোরবা অহুম্ অমনা সারথিবু হাৎখি ॥৬৭॥ মহারাজ ! চেকিতানবু হাৎপ্রবা তুং অসিদা দ্রোণগী তেন্না পান্‌বদা ঈহং নাঈহং শারবা শগোলশিং অদুনা রথ মথক্ত চেকিতানবু হাপ্‌কৎতুনা লালুকমদগী চেন্থোকখি ॥৬৮॥ চেকিতানগী সারথিবু হাৎপ্রবদা অদুগা শগোলশিংনা রথ অদুবু কম্ন চেন্দুনা পুখিবদু উবদা পাঞ্চালশিং অদুগা পাণ্ডবশিংগী পুক্নীংদা থোইদোক্না অকিবা মিপাইবা অম লোক্‌খি ॥৬৯॥ ভরতনন্দন ! লালফমদা লৈরম্বা কল্লবা চেদি, পাঞ্চাল অদুগা সৃঞ্জয়শিংবু মায়গৈ মরিদা তক্‌-খৎলক্তুনা হাৎলবদা দ্রোণ অসি কন্‌বগী, লালওম্বগী অদুগা মরিল্‌লৈবগী গুণ পূম্নমক্না লাল-কম্ অদুদা থোইদোক্না নীঙথিজখি ॥৭০॥ মহারাজ ! মতম্ অসিদা দ্রোণাচার্য্য হায়রবা নিপা অসি য়েংবদা থোইদোক্না নীঙথিজ্জে।

ঙোরবা শম্‌জোইনা চায়রুংনীমক্ত চোইনা তারি।
ফজরবা শাওং শাদানি কুচুনা শংবাম্নবনি।
মতম্‌সিদা চহীনা মরিফুমঙা য়োবনি।
অদুবু লালকম্ ময়ায়দদি দ্রোণ কোবা নিপাসে,
পাখং মথোৎ কায়কপা, চহী তরাতরুক্তগী প্রমাস্নি।
লালকমদা কোয়চৎ চৎপদা, কনাসু মমাঙদ লেপঙমদে ॥৭১॥

অথ দ্রোণং মহারাজ! বিচরন্তমভীতবৎ। বজ্রহস্তমমন্যন্ত শত্রবঃ শত্রুসূদনম্ ॥৭২॥
ততোঽব্রবীন্মহাবাহুর্দ্রুপদো বুদ্ধিমান্ নৃপ।। লুব্ধোঽয়ং ক্ষত্রিয়ান্ হন্তি ব্যাঘ্রঃ ক্ষুদ্রমৃগানিব ॥৭৩॥
কৃচ্ছ্রান্ দুর্যোধনো লোকান্ পাপঃ প্রাপ্স্যতি দুর্মতিঃ।
যস্য লোভাদ্বিনিহতাঃ সমরে ক্ষত্রিয়র্ষভাঃ ॥৭৪॥
শতশঃ শেরতে ভূমৌ নিকৃত্তা গোবৃষা ইব। রুধিরেণ পরীতাঙ্গাঃ শ্বশৃগালাদনীকৃতাঃ ॥৭৫॥
এবমুক্ত্বা মহারাজ। দ্রুপদোঽক্ষৌহিণীপতিঃ। পুরস্কৃত্য রণে পার্থান্ দ্রোণমভ্যদ্রবদ্দ্রুতম্ ॥৭৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি
জয়দ্রথবধে দ্রোণপরাক্রমে নবাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

মহারাজ! দ্রোণনা মতোঅসুম্না লালক্মদা লৈরকপা মতম্সিদা, য়েক্লবশিংনা য়েক্লবওম্বা মহাকপু ইন্দ্রমক্ ওইরমাল্লে হায়না চপ্ য়ুংনা খন্নখি ॥৭২॥ মহারাজ! মতম্সিদা কল্লবা শিংলবা দ্রুপদনা অসুম্ হায়রকখিঃ—"য়েওঙ্! লাম্লবা কৈনা শজী মচাশিংবু হাৎপগুম্না মীগী ঈ খোরাংলবা ব্রাহ্মণ মচাসিনা ক্ষেত্রিয় কয়াবু হাৎলি!" ॥৭৩॥ মাগী কল্লকপা মীহোৎবদগী মরান্ লৈত্রবা ক্ষেত্রিয় কয়ানা লালক্মদা মথরায় থাখ্রিবা, পাপচেন্সবা ফত্রবা দুর্যোধন হায়বসে নরকতা শোইদনা তাগনি ॥৭৪॥ আঃ! ওন্থোকপনি! শঙ্গাও অমমম্গুম্বা কল্লবা ক্ষত্রিয় নিংথৌ কয়ানা মশা-ঈহংনাইহং শাদুনা, লাওজা লমহুইগী মচীঙ্গাক্ ওইদুনা লালক্ম্ লৈমায়থক্তা তারি ॥৭৪॥ মহারাজ! অসি হায়রগা লাম্মী অক্ষৌহিণী অমগী মপু দ্রুপদ নিংথৌনা পাণ্ডবশিংনা মাঙ থাদুনা দ্রোণ তম্না চঙশিল্লকই ॥৭৬॥

মশম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক্লিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা দ্রোণপরাক্রমগী চাম মাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## দশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চামতরাশুবা অধ্যায় ।

( যুধিষ্ঠিরনা চিন্তা তৌরকপা )

### সঞ্জয় উবাচ ।

ব্যূহেষ্বালোডামানেষু পাণ্ডবানাং ততস্ততঃ । সুদূরমন্বয়ুঃ পার্থাঃ পাঞ্চালাঃ সোমকৈঃ সহ ॥১॥
বর্ত্তমানে তথা রৌদ্রে সংগ্রামে লোমহর্ষণে । প্রক্ষয়ে জগতস্তীব্রে যুগান্ত ইব ভারত । ॥২॥
দ্রোণে যুধি পরাক্রান্তে নর্দ্দমানে মুহুর্মুহুঃ । পাঞ্চাল্যেষু চ ক্ষীণেষু বধ্যমানেষু পাণ্ডুষু ।৩।
নাপশ্যচ্ছরণং কঞ্চিদ্ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ । চিন্তয়ামাস রাজেন্দ্রঃ কথমেতদ্ভবিষ্যতি ।৪। (বিশেষকম্)
তত্রাবেক্ষ্য দিশঃ সর্ব্বাঃ সব্যসাচিদিদৃক্ষয়া । যুধিষ্ঠিরো দদর্শাথ নৈব পার্থং ন মাধবম্ ।৫।
সোঽপশ্যন্ নরশার্দ্দূলং বানরর্ষভলক্ষণম্ । গাণ্ডীবস্য চ নির্ঘোষমশৃণ্বন্ ব্যথিতেন্দ্রিয়ঃ ।৬।
অপশ্যন সাত্যকিঞ্চাপি বৃষ্ণীনাং প্রবরং রথম্ । চিন্তয়াভিপরীতাঙ্গো যুধিষ্ঠিরঃ ।
নাধ্যগচ্ছত্তদা শান্তিং তাবপশ্যন্ নরর্ষভৌ ।৭।

---

মহারাজ ! দ্রোণনা পাণ্ডব লান্মীশিংবু য়াম্না কম্না তকশিল্লকপা নৈখাইরকপা মতমসিদা পাণ্ডবশিংনা পাঞ্চালশিং সোমকশিংগা লোয়ননা য়াম্না লাপ্না লালকমদগী চথোকখি ॥১॥ ভরতনন্দন মহারাজ ! মতৌ অসুম্না অকিবগী মশক ওইরবা পুক্লীং-হকচাংদা তুজুংবা পোক্লনীঙাই ওইরবা লাঙ্গাও অসিনা অসুম্ চথরক্লবদা, প্রলয়গী মতম্‌দা তৌবগুম্ মীয়াম্না অসুম্ অসুম্ তুম্‌শিল্লকলবদা মতীকমগুণ মথৌনা লৈরবা দ্রোণনা লালকমদা কম্না কম্না সিংহনাদ লাউশিল্লকলবদা পাঞ্চালশিংগী মশীংনা অসুম্ সুম্ রাথরকপগা লোয়ননা পাণ্ডব লান্মীশিংনা মুৎশিল্লকলবদা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা মাবু ঙাকশেন্‌বিনবা মীশক অমতা উবা ফংডক্রে । মথা লাল্ করম্ হায়না শোক্লগদগে হায়বদো যুধিষ্ঠির অসি কম্না চিন্তা তৌবা হৌরকলে ॥২-৪॥ যুধিষ্ঠিরনা অর্জ্জুনবু উনিংবনা মায়পৈ মরি ওন্দুনা য়েংবদা কৃষ্ণসু উদ্রে, অর্জ্জুনবুসু উবা ফংখিদ্রে ॥৫॥ নিপা অথোইবা, কল্লবা মনাও-নুপা অর্জ্জুনবু উদবদা অদুগা গাণ্ডীবগী মথোল তাখিদ্রবদা যুধিষ্ঠির অসি মায়থোংলাংছিন্না চিন্তা তৌরকলে ॥৬॥ বৃষ্ণি শাগৈগী অথোইবা মহারথি সাত্যকিবু উদবদা নিপা অথোইবা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীবুসু উখিদ্রবদা চিন্তাগী মশক ওইরবা যুধিষ্ঠিরগী পুক্লীংদা শান্তি হায়বা করি অমতা

লোকোপক্রোশভীরুত্বাদ্ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ। অচিন্ত্যমহাবাহুঃ শৈনেয়স্য রথং প্রতি ॥৮॥
পদবীং প্রেষিতশ্চৈব ফাল্গুনস্য মহারণে। শৈনেয়ঃ সাত্যকিঃ শূরো মিত্রাণামভয়ঙ্করঃ ॥৯॥
তদিদং হ্যেকমেবাসীদ্দ্বিধা জাতং মনোঽদ্য মে। সাত্যকিশ্চ হি মে জ্ঞেয়ঃ পাণ্ডবশ্চ ধনঞ্জয়ঃ ॥১০॥
সাত্যকিং প্রেষয়িত্বা তু পাণ্ডবস্য পদানুগম্। সাত্বতস্যাপি কং যুদ্ধে প্রেষয়িষ্যে পাদানুগম্ ॥১১
করিষ্যামি প্রযত্নেন ভ্রাতুরন্বেষণং যদি। যুযুধানমনন্বিষ্য লোকো মাং গর্হয়িষ্যতি ॥১২॥
ভ্রাতুরন্বেষণং কৃত্বা ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ। পরিত্যজতি বার্ষ্ণেয়ং সাত্যকিং সত্যবিক্রমম্ ॥১৩॥
লোকাপবাদভীরুত্বাৎ সোঽহং পার্থং বৃকোদরম্। পদবীং প্রেষয়িষ্যামি মাধবস্য মহাত্মনঃ ॥১৪॥
যথৈব চ মম প্রীতিরর্জ্জুনে শত্রুসূদনে। তথৈব বৃষ্ণিবীরেঽপি সাত্বতে যুদ্ধদুর্ম্মদে ॥১৫॥
অতিভারে নিযুক্তশ্চ ময়া শৈনেয়নন্দনঃ। স তু মিত্রোপরোধেন গৌরবাচ্চ মমানঘঃ।
প্রবিষ্টো ভারতীং সেনাং মকরঃ সাগরং যথা ॥১৬॥
অসৌ হি শ্রূয়তে শব্দঃ শূরাণামনিবর্ত্তিনাম্। মিথঃ সংযুধ্যমানানাং বৃষ্ণিবীরেণ ধীমতা ॥১৭॥
প্রাপ্তকালন্তু বলবন্নিশ্চিতং বহুধা হি মে। তত্র বৈ পাণ্ডবেয়স্য ভীমসেনস্য ধন্বিনঃ।
গমনং রোচতে মহ্যং যত্র যাতৌ মহারথৌ ॥১৮॥

---

লৈখিল্লে ॥৭॥ কল্লবা ধর্ম্মচেল্লবা যুধিষ্ঠিরনা মীনা করি হায়খিগদগে হায়বা কিবদগী সাত্যকিগী রথগী মরম্‌দা থোইনা চিন্তা তৌবা হৌরক্লে ॥৮॥ “মঙ্গপ্‌ মপাং শাগৈনাতৈবু কনবিহৈবা, পুক্নীং খোগৎপিবা, শিনিবংশগী অথোইবা সাত্যকিবু ঐনা অরেম্বদা লাঞ্জাওদা থাজিল্লুরে” ॥৯॥ অহানবদা ঐগী চিন্তা অমতা ভাইরম্বনি, অতুবু ঐগী পুক্নীংদা চিন্তা অনী শুগ্রে। হৌজিক্ সাত্যকিগী মরামপাউস্নু খণ্ডনবা থিবা তারি, অদুগা অর্জ্জুনগী মপাউবুস্নু খণ্ডদোক্পা তারি ॥১০॥ অর্জ্জুনগী তুংদা সাত্যকি থাজিনগ্রে, হৌজিকমুক্ সাত্যকিগী তুংসিদা কনাবু থাজিন্গনি ? ॥১১॥ সাত্যকি-বুদি হান্নদা থিদহনা অর্জ্জুনবু হান্না থিরবদি মীনা ঐবু ঈচা-মীচা খায়বগী নিন্দা তৌনগ্রগনি ॥১২॥ মতৌদি ধর্ম্মরাজনি হায়নরগা সাত্যকিগী মরামপাউদি হান্না থিদনা মনাও অর্জ্জুনগী মরামপাউ হান্না থিবা শারি” অসুম্না হায়হুনা ঐবু মীনা থীনা ভাওনগ্রগনি ॥১৩॥ অদুগা অর্জ্জুনগীদি খোক্লরবা হায়বগনি ; সাত্যকিগী খোঙ্গুল লীননবা ভীমসেনবু হেক্তা থাজিনগ্রগে ॥১৪॥ ঐগী ভোল্দাদি য়েক্লবা ওম্বা অর্জ্জুনগা, শিনিবংশগী অথোইবা সাত্যকিগা চপ মান্নে ; চপ মান্ননা নুংশি ॥১৫॥ অমনা পাক্ ওম্নরোইদৌবা থবক্তা ঐনা সাত্যকিবু থোদাখি। অদুগা মশাদা পাপ য়াওজবা সাত্যকিবু মরুপমপাং ঐখোয়গীদমক্তা, কুম্ভীরনা ঈপাক্নুংদা চঙশিন্খিবগুম্ কৌরব তেঙ্গোল ঈপাক্নুংদা চঙগ্রে ॥১৬॥ বৃষ্ণিশাগৈগী অথোইবা, মবুদ্ধি লৈরবা কল্লবা সাত্যকিগা কৌরবপক্ষগী অকনবশিংগা থেংনবগী মীরাওখোনস্নু হন্না-হন্না তারি ॥১৭॥ অদুনা দেশ কাল পাত্র অক্ললক্ য়েংহুনা বিচার তৌরগা করি তৌবতাবগে হায়ববু সাত্যকিগা অর্জ্জুনগা অনীনা লৈরিবা

ন চাপ্যশক্যং ভীমস্য বিদ্যতে ভুবি কিঞ্চন। শক্তো হ্যেষ রণে যত্তঃ পৃথিব্যাং সর্ব্বধন্বিনাম্।
স্ববাহুবলমাশ্রিত্য প্রতিব্যূহিতুমঞ্জসা ॥১৯॥
যস্য বাহুবলং সর্ব্বে সমাশ্রিত্য মহাত্মনঃ। বনবাসান্নিবৃত্তাঃ স্মো ন চ যুদ্ধেষু নির্জ্জিতাঃ ॥২০॥
ইতো গতে ভীমসেনে সাত্বতং প্রতি পাণ্ডবে। সনাথৌ ভবিতারৌ হি যুধি সাত্যকিফাল্গুনৌ ॥২১॥
কামং হ্যশোচনীয়ৌ তৌ রণে ফাল্গুনসাত্যকী। রক্ষিতৌ বাসুদেবেন স্বয়ঞ্চাস্ত্রবিশারদৌ ॥২২॥
অবশ্যন্তু ময়া কার্য্যমাত্মনঃ শোকনাশনম্। তস্মাদ্ভীমং নিযোক্ষ্যামি সাত্বতস্য পদানুগম্।
ততঃ প্রতিকৃতং মন্যে বিধানং সাত্যকিং প্রতি ॥২৩॥
এবং নিশ্চিত্য মনসা ধর্ম্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ। যন্তারমব্রবীদ্রাজা ভীমং প্রতি নয়স্ব মাম্ ॥২৪॥
ধর্ম্মরাজবচঃ শ্রুত্বা সারথির্হয়কোবিদঃ। রথং হেমপরিষ্কারং ভীমান্তিকমুপানয়ৎ ॥২৫॥
ভীমসেনমনুপ্রাপ্য প্রাপ্তকালমনুস্মরন্। কশ্মলং প্রাবিশদ্রাজা তত্রৈব সমাদিশন্ ॥২৬॥
স কশ্মলসমাবিষ্টো ভীমমাহূয় পার্থিবঃ। অব্রবীদ্বচনং রাজন্! কুন্তীপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ ॥২৭॥
যঃ স দেবান্ সগন্ধর্ব্বান্ দৈত্যাংশ্চৈকরথোঽজয়ৎ। তস্য লক্ষ্ম ন পশ্যামি ভীমসেনানুজস্য তে ॥২৮॥

---

লাক্‌কম্ অসিদা ভীমসেনবুস্তু থাজিনবিবা তাই ॥১৮॥ জগৎ অসিদ ঈনাও ভীমসেননা তৌবা ঙম্মোইদৌবা করিমতা লৈতে হায়বসি ঐ খঙিঙ। মানবু তৌগে খল্লবদি অহুগা হোৎনরবদি মপাঙ্গোম্ পাঙ্গলনা পৃথিবীগী মহারথী পুম্বনা তিন্নদুনা শাবা ব্যূহ মনুং ফাওবা চঙদুনা থুগাইবা ঙমগনি ॥১৯॥ ঈনাও খল্লবা, মুংশিজরবা ভীম কৌবসিগী মপাঙ্গোম্-পাঙ্গলগী আশ্রয়দা চঙজদুনা পাণ্ডব ঐখোয়না বনবাসদগী লাম্থোক্পা ঙম্লিবনি; মা লৈবদগী ঐখোয়না হৌজিক্কাও কনাগুম্বা অমগী মথমদগী লান্দা মাইথীবা পাংদ্রি ॥২০॥ "পাণ্ডুনন্দন ভীমবুস্তু থাজিনখ্রবদি অর্জ্জুন সাত্যকি অনীগীস্তু য়াম্না সহায় ওইরক্লগনি ॥২১॥ অর্জ্জুন-সাত্যকি অনীগী মরমদদি ঐগী খোইদোক্পা চিন্তা লৈতে। মরম্দি বৃষ্ণনা মখোয় অনীগী ঙাকশেনবা ওইনা লৈখ্রি। অসিগী মথক্তা মখোয় অনী মশা মশামক্ খুৎলায়দা হৈশিংলবা মক্তনি ॥২২॥ অদুনদি ঐনা হৌজিক্ তৌগদবসি ঐ ঈশাগী পুক্নীংদা লৈরিবা চিংনবা অমদি অশান্তি অসিবু কোকহনবা অসিনি। অদুনা—ঐ ভীমসেনবু লাক্কম্দা থাজিনখ্রগে। অদুম্ তৌবদদা সাত্যকিগী মথমদা তৌবিমল থগবা উৎপা হায়বা অমস্তু থোক্লনি ॥২৩॥ যুধিষ্ঠিরনা অদুম্ হায়না মুম্না খল্লগা সারথিদা "ঐবু হৌজিক্মক্ ভীমগী নাক্ত পু" অদুম্ হায়না য়াথং পীখি ॥২৪॥ যুধিষ্ঠিরগী য়াথং তাবদা অশ্বশাস্ত্রদা হৈরবা সারথিনা সনানা ভঙুপ তরেংনা লৈতেংলবা রথ অদু ভীমনা লৈরিবা মায়গৈ অদোমদা খৌজিনখি ॥২৫॥ যুধিষ্ঠিরনা ভীমগী নাক্তা খুংখিদুনা মতম্ অদুদা তৌগদবা থবক্ পুম্বা খল্লুরগা হিন্দয় মহামনা হিল্লবা খৌদা অদু ভীমদা পীগদবা অজিদা অমুক্ চিন্তা তৌখি ২৬॥ মহারাজ!" ভীমগী নাক্তা যুধিষ্ঠিরনা ওহাক্ বিচার তৌরগা ভীমদা অদুম্না হায়রম্বই—॥২৭॥ "ভীমসেন! মথক্না রথ অমতদা তোংলদা গন্ধর্ব্বনচিংবা দৈত্য-লাইয়াম্বক্পু জয় তৌখিকা,

ততোঽব্রবীদ্ধর্মরাজং ভীমসেনস্তথাগতম্। নৈবাত্রাক্ষং ন চাশ্রৌষং তব কম্বুজনীমৃণম্॥২৯॥
পুরা হি দুঃখদীর্ণানাং ভবান্ গতিরভূদ্ধি নঃ। উত্তিষ্ঠোত্তিষ্ঠ রাজেন্দ্র! শাধি কিং করবাণি তে॥৩০॥
ন হ্যসাধ্যমকার্য্যং বা বিদ্যতে মম মানদ।। আজ্ঞাপয় কুরুশ্রেষ্ঠ। মা চ শোকে মনঃ কৃথাঃ॥৩১॥
তমব্রবীদশ্রুপূর্ণঃ কৃষ্ণসর্প ইব শ্বসন্। ভীমসেনমিদং বাক্যং প্রম্লানবদনো নৃপঃ॥৩২॥
শ্রূয়তে পাঞ্চজন্যস্য যথা শঙ্খস্য নিস্বনঃ। পুরিতো বাসুদেবেন সংরব্ধেন যশস্বিনা॥৩৩॥
নূনমদ্য হতঃ শেতে তব ভ্রাতা ধনঞ্জয়ঃ। তস্মিন্ বিনিহতে নূনং যুধ্যতেঽসৌ জনার্দ্দনঃ॥৩৪॥
(যুগ্মকম্)

যস্য সত্ত্ববতো বীর্য্যমুপজীবন্তি পাণ্ডবাঃ। যং ভয়েষ্বনুগচ্ছন্তি সহস্রাক্ষমিবামরাঃ॥৩৫॥
স শূরঃ সৈন্ধবপ্রেপ্সুরন্বয়াত্তারতীং চমূম্। তস্য বৈ গমনং বিদ্মো ভীম! নাবর্ত্তনং কৃ্ষ্ণনঃ॥৩৬॥
(যুগ্মকম্)

---

মংগী ননাও নিপা অর্জ্জুন অদো—মাগী মপাউ তাদবা কুইরে। খোঙ্গুল অমতম্ না লীকম্ খণ্ডদ্রে" ॥২৮॥ রা অসি তাবদা তৌকম্ খণ্ডদবা ওইনা লৈরবা ময়াম্বুং যুধিষ্ঠিরদা ভীমনা হায় "করিনো য়াম্বুং! য়াম্বুংনা অসুম্না পুক্নীংদা তয়াং তশোইনবা অরাবা পোকখিবসিদি ঐদি অমুক্তম্ উজপ্রিজি" ॥২৯॥ "নিংথৌ অথোইবা! ঐখোয়না য়ায়বা কান্দা য়াম্বুং ঈবুংঙোনা থেম্জিন্‌বি—পাউতাক পীবি। করিনো, তাকপিয়ু, ননাই ভীম লৈজরি। তাকপিবা য়াথং কিগাও শানা য়াজরি ॥৩০॥ মঙ্গণ লৈবা, ঈকায়খুম্নবগী মতীকচারবশিংদ' ঈকায়খুম্নবিবা! য়াম্বুং মহারাজ! কৌরবশাগেগী অথোইবা! য়াম্বুংগী কৃপাদগী য়াম্বুংগী ননাও ওইজবা কংজবদগী জগৎ অসিদা ঐনা ভন্মোই হায়দুনা হন্দোকদবা থবক্ অমত লৈতে। ঐনা তৌরোইদবা-তৌবা হৌনদবনু করিমত লৈতে। অদুনা হৌজিমক্ য়াথং অদু তাক্‌পিয়ু। ননাই ভীম লৈজরি, রাবিগনু" ॥৩১॥ মনাওগী রাসি তাবদা মায়খোং লাংছিল্লবা, পিনা মীৎলু থুম্হৎপ্রবা যুধিষ্ঠিরনা মহূপুরবা লিলগী মতৌঙ্গম্ নুংশাশোয় মপি হোন্দুনা ভীমদা অসুম্না হায়রকই—॥৩২॥ "ভীমসেন! ঐনা অসুম্ খনবদা, মিংচৎ চাউরবা কৃষ্ণনা অশাউবগা লোয়ননা খোংদোরকপা পাঞ্চজন্যগী খোঙ্গেল তারি। অদুনদি ননাও অর্জ্জুনদো লালকম্‌দা অকনবগী অরোইবা য়াহীপু হীপ্‌ এমায়ে। মহাক্ লৈথিদ্রবদুদা কৃষ্ণ মশামক্ লাল্ অসি কম্ব খেংনরিমায়ে" ॥৩৩-৩৪॥ "ভীম! পাণ্ডব ঐখোয়না মাগী পাম্বোমগী পাঙ্গলা আশ্রয় লৌদুনা লাক্লিবা, লাইয়াম্না অরাবতায়বদা ইন্দ্রদো চঙজবঙ্গম্ পাণ্ডব ঐখোয়না অকিবা-অরাবদ তায়বদা মাগী আশ্রয়দা চঙদুনা হিংলক্‌লিবা—ননাও অর্জ্জুন অদো—জয়দ্রথবু হাৎকে রাশক্‌না কৌরব তেজোল মনুংদা চঙশিনখ্রেদো। মহাক্না চঙশিনখিবদো অদু মখেত্ত মথক্তি; অদুগা করম্ হায়না মহাক্না তেজোল মরক্ অদুদগী নাম্বোককুনা অমুক্ হন্দকনে হায়বগী মরমদি ঈরাবদি করিমত খঙদ্রে—ভীম" ॥৩৫-৩৬॥

শ্যামো যুবা গুড়াকেশো দর্শনীয়ো মহাভুজঃ। ব্যূঢ়োরস্কো বৃষস্কন্ধো মত্তবারণবিক্রমঃ ॥৩৭॥
চকোরনেত্রতাম্রাক্ষো দ্বিষতামঘবর্দ্ধনঃ। তদিদং মম ভদ্রং তে শোকস্থানমরিন্দম ! ॥৩৮॥
(যুগ্মকম্)

অর্জ্জুনার্থং মহাবাহো ! সাত্বতস্য চ কারণাৎ। বর্দ্ধতে হবিষেবাগ্নিরিধ্যমানঃ পুনঃ পুনঃ ॥৩৯॥
তস্য লক্ষ্ম ন পশ্যামি তেন বিন্দামি কশ্মলম্। তং বিদ্ধি পুরুষব্যাঘ্রং সাত্বতঞ্চ মহারথম্ ॥৪০॥
স তং মহারথং পশ্চাদনুযাতস্তবানুজম্। তমপশ্যন্ মহাবাহুমহং বিন্দামি কশ্মলম্ ॥৪১॥
পার্শ্বে তস্মিন্ হতে চৈব যুধ্যতে নূনমগ্রণীঃ। সহায়ো নাস্য বৈ কশ্চিত্তেন বিন্দামি কশ্মলম্ ॥৪২॥
একঃ কৃষ্ণো রণে নূনং যুধ্যতে যুদ্ধদুর্ম্মদঃ। যস্য বীর্য্যবতো বীর্য্যমুপজীবন্তি পাণ্ডবাঃ ॥৪৩॥
নহি শুধ্যতি মে ভাবস্তয়োরেবং পরন্তপ ! । স তত্র গচ্ছ কৌন্তেয় ! যত্র যাতো ধনঞ্জয়ঃ ॥৪৪॥

---

কুচুনা শংবান্নরবা, য়েংবদা মীৎনা পেঙ্গবা,
পাখং অকনবা-চ্যেশিনবা, পাম্বোম্ খোইন চাউরবা,
থবাক্-মরেং কল্লবা, শল্লাবগুম্ মকুম্ কারবা,
ময়াম্ন কাব শামু শাজৎ মানবা, নোংঙিনগুম্ মখোল্ নৌরবা
মমীৎনা কোরীগুম্ ঙাংলপপা, য়েক্লবগী থম্মোয় নীকৃহনবা,
য়েক্লবা ভমুগনবা ননাওক্লগী চিন্তানা থম্মোয়সি পুঙমুদ্রে,
মথা হায়নীংঙাই লৈতে ভীম, নংগী মঙ্গল ওইসনু ॥৩৭-৩৮॥

অকনবা ! ঘী হৈজিল্লগা মৈনা মৈরিকংনা চাকৃপা হেনবগুম্ অর্জ্জুন মাগীত নত্তনা সাত্যকিগীসু অমুক্ থম্বুক্রবদা ঐগী চিংনবা অৱাবগী মৈসে থম্মোয়মুংদা হেন্না-হেন্না মৈ রিকংনা চাকৃলকৃলে ॥৩৯॥ মখোয় অনীগী মরামপাউ করিমতা তাবা লৈখিদ্রে। অদুনা ঈয়াম্বা য়াম্না রারে। মরম অসিনা ভীম ! ননাও অকন্‌বা অর্জ্জুনগা মখোনা লৈবা সাত্যকিগা অনীগী খোঙ্গুল অমুক্ত লীরু ॥৪০॥ ননাও অর্জ্জুনগী খোঙ্গুল লীখিবা সাত্যকি অত্তগী পাউসু করিমতা তাবা লৈখিদ্রে। মাগী রাখন্দসু ঈয়াম্বগী থম্মোয়দা অঙীংবা পোথাবা লৈত্রে ॥৪১॥ ননাও অর্জ্জুননা লৈখিদ্রবতুদা কৃষ্ণ মশামক লাম্বেংনতুনা লৈরমাল্লে হায়ন ঈয়াম্বনা খল্লে। কৃষ্ণ মাগী সহায়সু মতম অসিদা কনাসু লৈরিরোই। অত্তমরুসু ঐগী থম্মোয়দা অঙীংবা লৈতে ॥৪২॥ পাণ্ডব ঐখোয়গী অমতা ওইরবা চত্তমকম কৃষ্ণ অদো হৌজিক লাম্বেংনরিয়ে লালুফমুদা লাকওম কাওমদ্রবা কৃষ্ণদো হৌজিক মথক্ত ঙাররিনি ॥৪৩॥ অদুনা কুন্তীনন্দন, অকন্‌বা ! হায়রিবা মীশকৃশিং অসিগী অবস্থানা অসি য়ৌখ্রবদা ঈয়াম্বগী পোথাকম অসি কদায়দনো ? ভীম ! ঐসে নংগী নয়াম্ব অহল্লি। অদুনা ধনঞ্জয়চেনবা অকন্‌বা ! ময়াম্বগী রাখং ঙাককম্ হায়না থল্লবদি ননাও অর্জ্জুনগা সাত্যকিগা অনীনা লৈরিবা মফম্ অদুদা নহাক্ হৌজিমক্ য়ৌকুরো ॥৪৪-৪৫॥ পৃথানন্দন ভীম ! অর্জ্জুনগী মরামপাউ থিবা

সাত্যকিশ্চ মহাবীর্য্যঃ কর্ত্তব্যং যদি মন্যসে। বচনং মম ধর্ম্মজ্ঞ! জ্যেষ্ঠো ভ্রাতা ভবান্ হি মে ॥৪৫॥
( যুগ্মকম্ )

ন তেঽর্জ্জুনস্তথা শ্রেয়ো জ্ঞাতব্যঃ সাত্যকির্যথা। চিকীর্ষুর্মৎপ্রিয়ং পার্থ! স যাতঃ সব্যসাচিনঃ।
পদবীং দুর্গমাং ঘোরামগম্যামকৃতাত্মভিঃ ॥৪৬॥

দৃষ্ট্বা কুশলিনৌ কৃষ্ণৌ সাত্বতঞ্চৈব সাত্যকিম্। সংবিদং মম কুর্য্যাস্ত্বং সিংহনাদেন পাণ্ডব! ॥৪৭॥

## ভীম উবাচ।

ব্রহ্মেশানেন্দ্রবরুণানবহদ্ যঃ পুরা রথঃ। তমাস্থায় গতৌ কৃষ্ণৌ ন তয়োর্বিদ্যতে ভয়ম্ ॥৪৮॥
আজ্ঞাং তে শিরসা বিভ্রদেষ গচ্ছামি মা শুচঃ। সমেত্য তান্ নরব্যাঘ্রাংস্তব দাস্যামি সংবিদম্ ॥৪৯॥

## সঞ্জয় উবাচ।

এতাবদুক্ত্বা প্রযযৌ পরিহায় যুধিষ্ঠিরম্। ধৃষ্টদ্যুম্নায় বলবান্ সুহৃদ্ভ্যশ্চ পুনঃ পুনঃ ॥৫০॥
ধৃষ্টদ্যুম্নঞ্চেদমাহ ভীমসেনো মহাবলঃ। বিদিতং তে মহাবাহো! যথা দ্রোণো মহারথঃ।
গ্রহণে ধর্ম্মরাজস্য সর্ব্বোপায়েন বর্ত্ততে ॥৫১॥
ন চ মে গমনে কৃত্যং তাদৃক্ পার্ষত! বিদ্যতে। যাদৃক্ সংরক্ষণং দ্রোণাদ্রাজ্ঞঃ কৃত্যতমং হি নঃ ॥৫২॥
এবমুক্তোঽস্মি পার্থেন প্রতিবক্তুং ন চোৎসহে। প্রযাস্যে তত্র যত্রাসৌ মুমূর্ষুঃ সৈন্ধবঃ স্থিতঃ ॥৫৩॥

---

মাগী খোঙ্গুল লৌবদা নহাক্না হোৎনবা অহুদগীসু সাত্যকিগীদমক হোৎনবনা খরা হেনগদবনি। মরমদি ঐগীদমক্ত সাত্যকি হায়বা নিপা অহনা, লাল্থজিক্ খরাক্ হৈতবশিংনা খোংনাম ফাওবা কাঙ্গিনবা য়াররোইদোবা লালকম্ অহুদা অর্জ্জুনগী খোঙ্গুল লৌনি হায়রুনা চংখ্রিবনি ॥৪৬॥ "পাণ্ডুনন্দন, ভীমসেন! নহাক্না করিগুম্বা কৃষ্ণ অর্জ্জুন সাত্যকি অহুম অসিনা তেক্তকায়দনা মঙ্গল ওইনা লৈরি হায়না হেক্ খংবাউবদা নংনা হৌরবা খোঙ্গেন্দুনা সিংহনাদ লাউহুনা ঈয়াঙ্গদা সঙ্কেত (ঈঙ্গিত) তৌরকউ" ॥৪৭॥ [ভীমনা হায় :—"য়াম্মুং মহারাজ! মমাঙ্দা, যুগযুগ, খুদিংদা ব্রহ্মা, ইন্দ্র, রুদ্র বরুণবু মথক্ত হাপতুনা পুখ্রবা অহুগুম্বা রথদা তোংহুনা লাক্লংখিবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীগীদমক্ত করিমত্তা য়াকম্ লৈতে ॥৪৮॥ অহু ওইরবসু য়াম্মুং মহারাজগী য়াথংবু ঈকোক্ খোংনয়াজহুনা চংজখিগনি, লাওতরুবিগনু মহারাজ। নিপা অখোইবশিং অহুপা হেক উনবদা ঐনা য়াম্মুংদা ঈঙ্গিত তৌজরকনি" ॥৪৯॥ সঞ্জয়না হায় :—অকনবা ভীমনা রা খোইনা হেক্রা অমুক মখা তাদনা, ধৃষ্টদ্যুম্নচিংবা অকনবশিংগী মকমদা মরাম্বা যুধিষ্ঠিরবু শিরময়গা লাক্লংগদবনী শেমশাখি ॥৫০॥ মপাম্বোম চাউরবা ভীমনা ধৃষ্টদ্যুম্নদা অমুয়া হায়রখি—"অকনবা! মহারথী দ্রোণাচার্য্যনা য়াম্মুং ধর্ম্মরাজবু ফাগনি হায়না খৌরাংলি হায়রম্মি অকনবা! নহাক্নসু খোইনা খংজিরি" ॥৫১॥ অহুনা অকনবা! ঐনা লাক্লংখিগদৌরিবসিদি লায়বু লায়রখি; মহারাজবু কন্থনা ঐখোয়গী খাইদগী মরু ওইবা ঈথৌনি ॥৫২॥ অহুবু য়াম্মুংনা য়াথং শিখিরবনিনা, মরিদা

ধর্ম্মরাজস্য বচনে স্থাতব্যমবিশঙ্কয়া। যাস্যামি পদবীং ভ্রাতুঃ সাত্বতস্য চ ধীমতঃ ॥৫৪॥
সোঽহং যত্তো রণে পার্থং পরিরক্ষ যুধিষ্ঠিরম্। এতদ্ধি সর্বকার্য্যাণাং পরমং কৃত্যমাহবে ॥৫৫॥
তমব্রবীন্মহারাজ! ধৃষ্টদ্যুম্নো বৃকোদরম্। ঈপ্সিতং তে করিষ্যামি গচ্ছ পার্থাবিচারয়ন্ ॥৫৬॥
নাহত্বা সমরে দ্রোণো ধৃষ্টদ্যুম্নং কথঞ্চন। নিগ্রহং ধর্ম্মরাজস্য করিষ্যতি মহাহবে ॥৫৭॥
ততো নিক্ষিপ্য রাজানং ধৃষ্টদ্যুম্নে মহাত্মনি। অভিবাদ্য গুরুং জ্যেষ্ঠং প্রযযৌ যত্র ফাল্গুনঃ ॥৫৮॥
পরিষক্তশ্চ কৌন্তেয়ো ধর্ম্মরাজেন ভারত।। আঘ্রাতশ্চ তথা মূর্দ্ধ্নি শ্রাবিতশ্চাশিষঃ শুভাঃ ॥৫৯॥
ভীমসেনো মহাবাহুঃ কবচী শুভকুণ্ডলী। সগদঃ সতলত্রাণঃ স রথী রথিনাং বরঃ ॥৬০॥
তস্য কার্ষ্ণায়সং বর্ম্ম হেমচিত্রং মহর্দ্ধিমৎ। বিবভৌ পর্ব্বতং শ্লিষ্টঃ সবিদ্যুদিব তোয়দঃ ॥৬১॥
পীতরক্তাসিতসিতৈর্বাসোভিশ্চ সুবেষ্টিতঃ। কণ্ঠত্রাণেন চ বভৌ সেন্দ্রায়ুধ ইবাম্বুদঃ ॥৬২॥
প্রয়াতে ভীমসেনে তু তব সৈন্যং যুযুৎসয়া। পাঞ্চজন্যরবো ঘোরঃ পুনরাসীদ্বিশাম্পতে। ॥৬৩॥

---

ঐনা য়েংপা ঙমজরে। অহুনা শিগদবগীত ঙাইহনা, শিজনীগুহনা লৈরবা পাপী জয়দ্রথক্রনা লৈরিবা মফমহুদা ঐ য়োৎথগে ॥৫৩॥ ঐদি মতম্ লৈবথিবিক্কা, য়াম্মুংনা শৌদাবিবা থবক্কা, অককত্তগী বিচার তৌদনা পাণ্ডথোক্লবত হোৎনজরিবা নিপানি। অহুনা ঈনাও অর্জ্জুননা সাত্যকিনা লৈরিবা মফম্ অহুদা ঐস্থ চচ্চথগে ॥৫৪॥ "ময়ম্ অহুনা, অকন্‌বা! ঙসি করিগুম্বা উপায়না য়াম্মুং মহারাজথু য়েরবগী মথুত্তগী কম্লনবত হোৎনবিয়ু। অকন্‌বা নহাক্কী লালগী মমুংদা তৌগদবা খ্বাইদগী হেনবা নথৌদি অসিতনি" ॥৫৫॥ ধৃষ্টদ্যুম্ননা ভীমগী রাসি তাবদা অস্রম্না হায়খি :— "পৃথানন্দন! তাকপিবা মতুংইন্না লোইনা শোইদনা তৌজগনি। চিংনবা লৈত্তনা লাঞ্জংবিখিবা য়াগনি ॥৫৬॥ দ্রোণনা ধৃষ্টদ্যুম্ন ঐবু হাৎলমদনা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরবু নমহুনা কাহুনা পুখিবা থক্ য়ারোই" ॥৫৭॥ অসিগী তুংদা ভীমসেননা ময়াম্ব যুধিষ্ঠিরবু ধৃষ্টদ্যুম্নগী মথুত্তা চেক্‌শিন্না শিন্নরগা, ময়াম্মুং মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু নোল্ল্‌ক্লা খুরম্মম্নগা অর্জ্জুননা লৈখ্রিবা মায়কৈ অদোমদা চৎখিগদবগী থৌরাং লোইখি ॥৫৮॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা যুধিষ্ঠিরনা মনাও ভীমগী মকোক্ত নাল্লহুনা, মনম্ নমহুনা মঙ্গল ওইনবগী আশীর্ব্বাদ কয়ারক্ হন্না পীখি ॥৫৯॥ রথি অথোইবা, মপালৈত্তনা কল্লবা ভীমসেননা কবচ লীখৎলি মনাকোং অনীদা কুণ্ডল নাইন নীঙথিনা চিন্‌শিল্লি। মথুত্তা গদা, মখ্বাঙদা থাঙ, মনমদা চুঙ্গোয় পোশিল্লি। রথ মথক্ত কাখৎখি ॥৬০॥

মতম্ অসিদা ভীমগী, ইসপাত্তনা হৈহনা শাবা, মরক্ মরক্ত সনানা হৎলবা, মমল য়াম্ববা কবচ (লালফুরিৎ) অহুনা চীঙমায়-পক্লা পাইরবা নোংথাংনা মরক্ মরক্ত তঙপতক্লেংবা, নোং মপাক্ অমগী মতৌগুম্ থোইন নীঙথিজৈ ॥৬১॥ অঙৌবা অঙাঙবা-নাপু অমুবা মচু অহম্ অসিনা ভিজবা লালগী কীজোম্না লৈতেংলবা, থবাকনপ্ অমদি থৌরীনপ্ হাপকৎলবা ভীম অসি য়েংবদা থোইনা নীঙথিজৈ ॥৬২॥ মহারাজ! অস্তুমতৌহনা অসোমদা ভীমসেনগী যাত্রা তৌগদবগী

তং শ্রুত্বা নিনদং ঘোরং ত্রৈলোক্যত্রাসনং মহৎ। পুনর্ভীমং মহাবাহুং ধর্ম্মরাজোঽভ্যভাষত ॥৬৪॥

এষ বৃষ্ণিপ্রবীরেণ ধ্মাতঃ সলিলজো মহান্। পৃথিবীঞ্চান্তরীক্ষঞ্চ নিনাদয়তি শঙ্খরাট্ ॥৬৫॥

নূনং ব্যসনমাপন্নে সুমহৎ সব্যসাচিনি। কুরুভির্যুধ্যতে সার্দ্ধং সর্ব্বৈশ্চক্রধরঃ স্বয়ম্ ॥৬৬॥

নূনমার্য্যা মহৎ কুন্তী পাপমদ্য নিদর্শনম্। দ্রৌপদী চ সুভদ্রা পশ্যন্তি সহ বন্ধুভিঃ ॥৬৭॥

স ভীম! ত্বরয়া যুক্তো যাহি যত্র ধনঞ্জয়ঃ। মুহ্যন্তীব হি মে সর্ব্বা ধনঞ্জয়দিদৃক্ষয়া ॥৬৮॥

দিশশ্চ প্রদিশশ্চৈব পার্থ! সাত্বতকারণাৎ। গচ্ছ গচ্ছেতি গুরুণা সোঽনুজ্ঞাতো বৃকোদরঃ ॥৬৯॥

( যুগ্মকম্)

ততঃ পাণ্ডুসুতো রাজন্! ভীমসেনঃ প্রতাপবান্। বদ্ধগোধাঙ্গুলীত্রাণঃ প্রগৃহীতশরাসনঃ ॥৭০॥

জ্যেষ্ঠেন প্রহিতো রাজ্ঞা ভ্রাতা ভ্রাতুঃ প্রিয়ঙ্করঃ। আহত্য দুন্দুভিং ভীমঃ শঙ্খং প্রধ্মাপ্য চাসকৃৎ ॥৭১॥

বিনদ্য সিংহনাদাংশ্চ জ্যাং বিকর্ষন্ পুনঃ পুনঃ। দর্শয়ন্ ঘোরমাত্মানমমিত্রান্ সহসাভ্যয়াৎ ॥৭২॥

( বিশেষকম্ )

---

তাঙ্গাহুমক্তদা আসোমদগী কৃষ্ণগী তাবদা অকিবগী মশক ওইরবা পাঞ্চজন্যগী মখোল অহু হেক
তানখি ॥৬৩॥ তাবদা মরোল্ অহুম্দা লৈবা জীব পুম্নমক্কী থম্মোয়দা মিপাইবা অকিবা পোক্লনীঙায়
ওইরবা, মোইবুং অহুগী অকিবগী মশক ওইরবা ধ্বনি অহু হেক্ তাবদা যুধিষ্ঠিরনা ভীমদা
অস্মুম্না হায়রবই ॥৬৪॥ "তাও! ভীম! মোইবুংপুম্বগী নিংথৌ, ঈশিংদগী পোকপা, শ্রীকৃষ্ণগী
চীন্দগী কামখোরকপা নুংশিৎনা থল্লবা, পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুংগী খোঞ্জেল্না লৈথক্ লৈখা
পুমনীক্ নীকলি" ॥৬৫॥ অর্জ্জুননা অরাবা খুদোংথীবদা তারগুনা কৃষ্ণ মশামক্না য়াম্না কন্না লান্থেংনরি
মসিশোঃত্রবনি" ॥৬৬॥ হৌজিক্ শোয়রিরোই পূজাতৌননীঙায় ওইরবী ঈমাকুন্তী, দ্রৌপদী,
সুভদ্রা অহুগা অতৈ মরূপ মপাংশিংগী মশাদা অমঙ্গল ওইবগী খুদম্ ফাওরারিনি!" ॥৬৭॥ "অহুনা
ভীম! অর্জ্জুননা করিগুম্বা মওংদা লৈরিবা মফম্ অসিদা নংথুনা য়াঙনা য়োৎখ্রো। পৃথানন্দন!
অর্জ্জুন সাত্যকি অনীবু উননীঙবগী রাখন্না অমদি লাওতক্লবনা নিংদোল অসে চেনগুম্ চেনগানরে,
মায়পৈ সনাই করিমত থঙদ্রে, ঐ শুমহৎ খিবগুম্ তৌরে। অহুনা চৎলোনে চৎলোনে!
হৌজিকমক্!" অস্মুম হায়না ঈপা পাখৎনা যুধিষ্ঠিরনা ভীমদা খৌদাখি ॥৬৮-৬৯॥

তাবিয়ু নিংথৌ অকন্বা! ময়াম্বগী ফনবত থঞ্জবা,
অকিবগী শকলোলপুঙম্বা, অঙকপা থবক্ তৌঙম্বা
পাণ্ডবশিংগীদি য়ায়মবা, জগৎনা ভীমসেন কৌরবা
ময়াম্বনালান্দা খৌদাঙ্খবা, ভীমসেন কৌবা অকন্বা
শেকৎলি লাজগী ফিজোলপুম্বা, শিগৎলে খুখাঙ নীঙখিরা
পোখৎলি তেন্দোং তেম্নাথল্লবা, তৌরকই সিংহনাদ হৌরবা!

তমূহুর্জবনা দান্তা বিকুর্ব্বাণা হয়োত্তমাঃ। বিশোকেনাভিসংযত্তা মনোমারুততরংহসঃ ॥৭৩॥
আক্রন্দন্ বিরুজন্ পার্থো গদাং স্পৃশংশ্চৈব পাণিনা। সোঽন্বকর্ষন্ বিকর্ষংশ্চ সেনাগ্রং সমলোড়য়ৎ ॥৭৪॥
তং প্রয়ান্তং মহাবাহুং পাঞ্চালাঃ সহসোমকাঃ। পৃষ্ঠতোঽন্বযযুঃ শূরা মঘবন্তমিবামরাঃ ॥৭৫॥
তং সসেনা মহারাজ। সোদর্য্যাঃ পর্য্যবারয়ন্। দুঃশাসনশ্চিত্রসেনঃ কুণ্ডভেদী বিবিংশতিঃ ॥৭৬॥
দুর্ম্মুখো দুঃসহশ্চৈব বিকর্ণোঽথ শলস্তথা। বিন্দানুবিন্দৌ সুমুখো দীর্ঘবাহুঃ সুদর্শনঃ ॥৭৭॥
বৃন্দারকঃ সুহস্তশ্চ সুষেণো দীর্ঘলোচনঃ। অভয়ো রৌদ্রকর্ম্মা চ সুবর্ম্মা দুর্ব্বিমোচনঃ ॥৭৮॥
বিবিধৈ রথিনাং শ্রেষ্ঠাঃ সহ সৈন্যৈঃ সহানুগৈঃ। সংযত্তাঃ সমরে শূরা ভীমসেনমুপাদ্রবন্ ॥৭৯॥
(কলাপকম্)

তান্ সমীক্ষ্য তু কৌন্তেয়ো ভীমসেনঃ পরাক্রমী। অভ্যবর্ত্তত বেগেন সিংহঃ ক্ষুদ্রমৃগানিব ॥৮০॥
তে মহাস্ত্রাণি দিব্যানি তত্র বীরা ব্যদর্শয়ন্। ছাদয়ন্তঃ শরৈর্ভীমং মেঘাঃ সূর্য্যমিবোদিতম্ ॥৮১॥
স তানতীত্য বেগেন দ্রোণানীকমুপাদ্রবৎ। অগ্রতশ্চ গজানীকং শরবর্ষৈরবাকিরৎ ॥৮২॥

চিংভিলীয়ী থোইনউঈবা, পুক্না শক্কম্ অকিবা
য়েক্লবা মায়কৈবু মিপাইহন্বা, চঙশিনখি পাণ্ডব য়ায়মবা ॥৭০-৭২॥

মতম অদুদা থোইনা য়াঙলবা, নীঙথিন তম্বিক্না হৈপ্রবা, খোঙথাং শাজৎ কজবা, সুংশিৎ পুক্নীংগুম্ য়াঙলবা, শগোল মরি অদুনা, বিশোকসারথিনা থৌরিবা রথমথক্ অদুদা ভীমবু হাপকত্না লানমুংদা পুশিনখি ॥৭৩॥ অদুদগী ভীমনা তেন্দোংদগী তেল শত্না ; লীরী নাল্ল-নাল্ল চিং-চিংদুনা, য়েক্লবপক্কগী লান্মীশিং মরক্ খায় খায়দুনা চঙশিল্লক্না কৌরব লান্মীশিংবু নৈখাইবা হৌরকলে ॥৭৪॥ মপাস্বোমচাউরবা কল্লবা ভীমসেননা মতৌ অসুম্না চঙশিল্লকপা মতমসিদা লাইয়াম্না ইন্দ্রগী তুংইন্নরক্পগুম্ অকন্বা পাঞ্চালশিংনা সোমকবংশগী কল্লবা লান্মীশিংগা লোয়ননা ভীমগী মতুংইন্নরকই ॥৭৫॥ মহারাজ! মতমঅসিদা দুর্য্যোধনগী মনাওশিংনা ভীমবু খিংগদবগী হোৎনখি। মখোয়দুগী মমুংদা দুঃশাসন, চিত্রসেন, কুণ্ডভেদী, বিবিংশতি, দুর্ম্মুখ, দুঃসহ, বিকর্ণ, শল, বিন্দ, অনুবিন্দ, সুমুখ, দীর্ঘবাহু, সদুর্শন, বৃন্দারক, সুহস্ত, সুষেণ, দীর্ঘলোচন, অভয়, রৌদ্রকর্ম্মা, সুবর্ম্মা, দুর্ব্বিমোচন হায়রিবা অকনবা কুম্মাথোই অসিনা মাগী মাগী থোঙলোয় লান্মীশিংগা লোয়ননা ভীমলোমদা ফুজিল্লকই ॥৭৬-৭৯॥ মতম অদুদা মপাঙ্গল মথৌনা মরিল্ লৈরবা ভীমসেননা মখোয়বু উবদা লায়বা নোংশানা শা মচাশিং তম্না চেনশিনবদুগুম্না মখোয়রোম্দা প্রপ্রপ, চঙশিল্লকই ॥৮০॥ সুমিৎপু নোংমতুম্ মতুম্না কুপশিনখিবদুগুম্না, অকন্বশিংসিনা মায়গৈ মরিদগী হোচ্ছিল্লক্না ভীমবু পুম্‌কোয় কোয়শিল্লরে। অঙকুঙকপা খুৎলায় পুখোক্লদুনা ভীমদা কাপ্শিল্লকলে ॥৮১॥ ভীমনা মখোয়বু নম্‌খায়মমদুনা,"মখোয়দগী লাম্থোকখিদুনা দ্রোণনা লৈরিবদোম্দা চঙশিল্লকই। তেল কাপশিল্ কাপশিন্দুনা মমাঙদা লৈরম্বা শামুগী মপৈবু নৈবা হৌরকলে ॥৮২॥

সোঽচিরেণৈব কালেন তদ্গজানীকমাশুগৈঃ। দিশঃ সর্ব্বাঃ সমং ব্যাপ্য ব্যধমৎ পবনাত্মজঃ ॥৮৩॥
ত্রাসিতাঃ শরভস্যেব গর্জ্জিতেন বনে মৃগাঃ। প্রাদ্রবন্ দ্বিরদাঃ সর্ব্বে নদন্তো ভৈরবান্ রবান্ ॥৮৪॥
পুনশ্চাভীত্য বেগেন দ্রোণানীকমুপাদ্রবৎ। তমবারয়দাচার্য্যো বেলোদ্বৃত্তমিবার্ণবম্ ॥৮৫॥
ললাটেঽতাড়য়চ্চৈনং নারাচেন স্ময়ন্নিব। ঊর্দ্ধরশ্মিরিবাদিত্যো বিবভৌ তত্র পাণ্ডবঃ ॥৮৬॥
স মন্যমানস্ত্বাচার্য্যো মমায়ং ফাল্গুনো যথা। ভীমঃ করিষ্যতে পূজামিত্যুবাচ বৃকোদরম্ ॥৮৭॥
ভীমসেন! ন তে শক্যং প্রবেষ্টুমরিবাহিনীম্। মামনির্জ্জিত্য কৌন্তেয়! শত্রুমদ্য মহাহবে ॥৮৮॥
যদ্যসৌ তেঽনুজঃ কৃষ্ণঃ প্রবিষ্টোঽনুমতে মম। অনীকং ন তু শক্যং মে প্রবেষ্টুমিহ বৈ ত্বয়া ॥৮৯॥
অথ ভীমস্তু তচ্ছ্রুত্বা গুরোর্বাক্যমপেতভীঃ। ক্রুদ্ধঃ প্রোবাচ বৈ দ্রোণং রক্তাপাঙ্গেক্ষণঃ শ্বসন্ ॥৯০॥
তবার্জ্জুনো নানুমতে ব্রহ্মবন্ধো! রণাজিরম্। প্রবিষ্টঃ স হি দুর্দ্ধর্ষঃ শক্রস্যাপি বিশেদ্বলম্ ॥৯১॥
যেন বৈ পরমাং পূজাং কুর্ব্বতা মানিতো হ্যসি। নার্জ্জুনোঽহং ঘৃণী দ্রোণ! ভীমসেনোঽস্মি তে রিপুঃ ॥৯২॥
পিতা নস্ত্বং গুরুর্বন্ধুস্তথা পুত্রাশ্চ তে বয়ম্। ইতি মন্যামহে সর্ব্বে ভবন্তং প্রণতাঃ স্থিতাঃ।
অদ্য তদ্বিপরীতং তে বদতোঽস্মাসু দৃশ্যতে ॥৯৩॥

---

নুংশিৎকী মচা ভীমনা মতম্ খজিক্কগী মনুংদা তেন্তনা অত্নপ য়াম্বা শামুশিং অতবু নৈবা হৌরকলে ॥৮৩॥ শত্রুংনা চেল্‌শিল্লকপদা শা মচামচানা চেম্বোক্লবত্নগুম্না ভীমনা নৈরকপসিদা কিরবা মিপাইরবা শামুশিং অত্নু মাংগৈ মরি কাংনা চেন্নখি ॥৮৪॥ মতৌ অত্নুয়া শামুগী তেঙ্গোলবু লান্থোক্লমত্নুনা ভীমনা দ্রোণগী মায়কৈদা হোঙ্কিনখি। সমুদ্রগী তোর্ব্বান্না ঈথকপু পিংবত্নগুম্না দ্রোনণা ভীমবু থিংখি ॥৮৫॥ দ্রোণনা মোমোন নোক্ত্না য়েত্তুম্ মচীন্‌শাবা তেল অমা ভীমগী লাইবক্ ময়ায়দা চপ চানা থাখি। তেল অত্নুনা ভীমগী লাইবক ময়ায়দা য়ুংত্নুনা লৈবদা ভীম অসি মশেক্লা মকোক্তা হাইগৎলকপা থেরকপা নুমিৎকী মতেংগুম্না পোইনা নীঙথিজে ॥৮৬॥ মতম অসিদা, "অর্জ্জুনগুম্না ঐবু সম্মান তৌত্নুনা থৈদোক্তু মরাইনা চঙ্কখিনি" অসুম্ হায়না খন্‌খত্নুনা দ্রোণনা ভীমদা অসুম্না হায়রকই ॥৮৭॥ "কুন্তীগী মচা ভীম! ঐসে নগোয়গী য়েক্লবা ওইরবনি। অত্নুনা ঐবু তম্মদনদি লাংক্ত চঙখিবা ৎক্ য়ারোই" "ননাও অর্জ্জুননা চঙখিবদি ঐনা চঙজখিসনু হায়না খন্নুনা থাদোক্‌পিখিবনি। নংদি মাদুম্না য়ারোই ভীম।" ॥৮৮॥ গুরু দ্রোণগী ৱা অসি তাবদা শাউবনা মমীত্ত ঈ কারবা ভীমনা নুংশা শোর মপী হেংন্দুনা হায়রকই :— ॥৯০॥

"তোল্লবা ব্রাহ্মণগী মপোক্ত পোক্লবা গুরুদেব! অর্জ্জুননা চঙখিবদো গুরুদেবগী কৃপাদগী নত্তে; গুরুদেববু নুংশিবীত্নুনা থাদোক্লম্বা ওইরিনি। নত্রবদি ঈনাও অর্জ্জুন হায়বদো মানা তৌগে খল্লবদি ইন্দ্রগী লাইয়াম তেঙ্গোল্ মকপু নৈখাইরমত্নুনা চঙখিবা ঙম্বা মিপানি" ॥৯১॥ "ব্রাহ্মণ! অর্জ্জুনদি ব্রাহ্মণনংবু গুরুনি হায়ত্নুনা থাদোক্‌পিরম্মিরিনি। ঐদি অর্জ্জুন নত্তে খঙজু। ভীমদি অর্জ্জুনগুম্না থৌজাল্‌হৈবা ঙম্মোই, গুরুনি হায়বগী ব্যবহার তৌরোই। য়েক্লবনা য়েক্লবদা ব্যবহার তৌবা হৌনদে। ঐ নহাক্কী ভীমসেন কৌবা য়েক্লবত্নুনি।" ॥৯২॥ মতম্ অসুক্নুইরসি

যদি পার্থং [illegible] তথাবিহ । এব তে সদৃশং শত্রোঃ কর্ম্ম ভীমং করোম্যহম্ ॥৯৪॥
অথোদ্ভ্রাম্য গদাং ভীমঃ কালদণ্ডমিবান্তকঃ । দ্রোণায় প্রাস্যদ্রাজন্ । স রথাদবপুপ্লুবে ॥৯৫॥
সাশ্বসূতধ্বজং যানং দ্রোণস্যাপোথয়ত্তদা । তং পুনঃ পরিবব্রুস্তে তব পুত্রা মহারথাঃ ॥৯৬॥
অন্যন্তু রথমাস্থায় দ্রোণঃ প্রহরতাং বরঃ । ব্যূহদ্বারং সমাসাদ্য যুদ্ধায় সমবস্থিতঃ ॥৯৭॥
ততঃ ক্রুদ্ধো মহারাজ ! ভীমসেনঃ পরাক্রমী । অগ্রতঃ স্যন্দনানীকং শরবর্ষৈরবাকিরৎ ॥৯৮॥
তে বধ্যমানা ভীমেন তব পুত্রা মহারথাঃ । ভীমং ভীমবলং যুদ্ধেঽযোধয়ন্ত জয়ৈষিণঃ ॥৯৯॥
ততো দুঃশাসনঃ ক্রুদ্ধো রথশক্তিং বিচিক্ষিপে । যমদণ্ডোপমাং গুর্ব্বীং জিঘাংসুঃ পাণ্ডুনন্দনম্ ॥১০০॥
আপতন্তীং মহাশক্তিং তব পুত্রপ্রচোদিতাম্ । দ্বিধা চিচ্ছেদ তাং ভীমস্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥১০১॥
অথান্যৈস্তু শিতৈর্বাণৈঃ সংক্রুদ্ধঃ কুণ্ডভেদিনম্ । সুষেণং দীর্ঘনেত্রঞ্চ ত্রিভিস্ত্রীনবধীদ্বলী ॥১০২॥
ততো বৃন্দারকং বীরং কুরূণাং কীর্ত্তিবর্দ্ধনম্ । পুত্রাণাং তব শূরাণাং যুধ্যতামবধীৎ পুনঃ ॥১০৩॥

---

ব্রাহ্মণ নহাক্পু ঈপামক্কি, গুরুনি, মরূপ্‌স্নুনি হায়না খল্লম্বনি। পাণ্ডব ঐখোয়সি নহাক্কীদি নচা হেক্ অপোকপগুম্বনি। অম্সুম্না ঐখোয়দি হায় খল্লম্বনি। অদু মক্তনস্সু অস্নক কুইবসি, নহাক হেক্ তিম্নরকপদগী ঈপাদ ঈপাগুম্ নোল্লুক্না চৎলকপনি। অদুবু ঙসিদি মাদু পূম্নমক্ মথক মথা থোক্ ওল্লমলে ॥৯৩॥ "অদুনা ঐখোয়বু য়েক্লবনি হায়না খল্লবদি মাদুমক্ ওইরসনু। ব্রাহ্মণ নঙোন্দা ঙসি ঐ মাদুগী চপ্‌ চাবা অকিবগী মশক্ ওইরবা তমথিরবা থবক অম তৌগনি" ॥৯৪॥ মহারাজ! থরসি হায়রগা মপাঙ্গল কল্লবা ভীমনা, যমরাজনা মাগী কালদণ্ডবু লৈদুনা লং-শিল্লকপদুগুম্না ভীমনা মাগী গদা অদু উরুরুরু লৈদুনা দ্রোণ তম্না লংশিল্লকই। গদা অদুনা পাইশিল্লকপসি উবদা দ্রোণ অসি মাগী রথদগী কল্ হেক চোংথৈ ॥৯৫॥ গদা অদুনা হাইথখি-দুনা শগোল সারথি, ফিরালগা লোয়নননা দ্রোণগী রথদুবু শিংগুপ্‌ শাহনখি। মতম অসিদা মহারাজগী মচাইবুঙোশিং ময়াম চেনশিল্লকনা ভীমবু পূমকোয় কোয়খি ॥৯৬॥ অসোমদনা, দ্রোণ অসি খুদৈ থূনা হোৎনদুনা অতোপ্পা রথ অমদা কাথত্তুনা মাগী হান্নগী ব্যূহ মচান্দা হঞ্জিন-খিদুনা তেঙ্গোল অদু ঙাক্তুনা লৈখি ॥৯৭॥ মহারাজ! অদুদগীদি মপাঙ্গল কল্লবা ভীমনা অশাউবগ লোয়নননা মমাঙদা লৈরম্বা লান্মী মখৈ নৈহৎপা হৌরকলে ॥৯৮॥ ভীমনা অস্নুম্না কম্না শোক্করকপা মতম্ অসিদা মহারাজগী মচাঈবুংঙো মহারথী শিংনা ভীমবু ঙমখিগনি হায়বগী আশাদা ভীমগা কম্না খেংনবা হৌরকলে ॥৯৯॥ অদুগী তুংদা দুঃশাসননা ভীমবু মহাৎলগে হায়না থম্মুনা যমদণ্ডগ মান্নবা শাংলবা থৌরবা তা অম ভীম তম্না লংঙকই ॥১০০॥ দুঃশাসনগী শাংলবা তা অমা পাইশিল্লকপদু উবদা ভীমনা থৌরবা তেল অম মপাচুম্না তেঙ্গা থোংদুনা তা অদুবু মতেক অনীথোক্ক ককথত্তুনা লৈমায়থক্ক থাদখি। মাদুমক্ অঙকপগী মশকওইবা থৌদোক্ অম ওইনা থোক্খি ॥১০১॥ অদুদগী থোইনা শাউরবা ভীমসেননা থৌরবা তেল অহুম্না কুণ্ডভেদী, সুষেণ, দীর্ঘনেত্র অহুম্ অসিবু অমুক্তদা মথ্‌াই লৌখি ॥১০২॥ অদুগী তুংদা কৌরবশাগৈগী চাওখৎনবগী

অভয়ং রৌদ্রকর্ম্মাণং দুর্বিমোচনমেব চ। ত্রিভিস্ত্রীনবধীদ্ভীমঃ পুনরেব সুতাংস্তব ॥১০৪॥
বধ্যমানা মহারাজ! পুত্রাস্তব বলীয়সা। বাহং মৃত্যুভয়ং কৃত্বা সমাবব্রুর্বৃকোদরম্ ॥১০৫॥
তে শরৈর্ভীমকর্ম্মাণং ববৃষুঃ পাণ্ডবং যুধি। মেঘা ইব তপাপায়ে ধারাভির্ধরণীধরম্ ॥১০৬॥
স তদ্বাণময়ং বর্ষমশ্মবর্ষমিবাচলঃ। প্রতীচ্ছন্ পাণ্ডুদায়াদো ন প্রাব্যথত শত্রুহা ॥১০৭॥
বিন্দানুবিন্দৌ সহিতৌ সুবর্ম্মাণঞ্চ তে সুতম্। প্রহসন্নিব কৌন্তেয়ঃ শরৈর্নিন্যে যমক্ষয়ম্ ॥১০৮॥
ততঃ সুদর্শনং বীরং পুত্রং তে ভরতর্ষভ।। বিব্যাধ সমরে তূর্ণং স পপাত মমার চ ॥১০৯॥
সোঽচিরেণৈব কালেন তদ্রথানীকমাশুগৈঃ। দিশঃ সর্ব্বাঃ সমন্তোভ্য ব্যধমৎ পাণ্ডুনন্দনঃ ॥১১০॥
ততো বৈ রথঘোষেণ গর্জ্জিতেন মৃগা ইব। বধ্যমানাশ্চ সমরে পুত্রাস্তব বিশাংপতে।।
প্রাদ্রবন্ সরথাঃ সর্ব্বে ভীমসেনভয়ার্দ্দিতাঃ ॥১১১॥
অনুযায় তু কৌন্তেয়ঃ পুত্রাণাং তে মহদ্বলম্। বিব্যাধ সমরে রাজন্! কৌরবেয়ান্ সমন্ততঃ ॥১১২॥
বধ্যমানা মহারাজ। ভীমসেনেন তাবকাঃ। ত্যক্ত্বা ভীমং রণাজ্জগ্মুশ্চোদয়ন্তো হয়োত্তমান্ ॥১১৩॥

---

মশক্ ওটরবা, লালহৈবা নচাঈবুংঙোশিংগী মঙুংদা থ্বাইদগী অকনবনি হায়বা য়ারবা বৃন্দামকপুম্ভীমনা হাংলে ॥১০৩॥ অদুদগী ভীমনা থোরবা তেল অহুমনা মহারাজগী নচাঈবুঙো অকনবা থবক্ত তৌওম্বা দুর্বিমোচনবু থুদক্ত মথরাই লৌখি ॥১০৪॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না ভীমনা মচীম্নাওশিংবু হাক্চিল্লক্লবা মতম্সিদা নৈহৌরিবশিং অদুনা ভীমবু ঙম্খিগনি হায়বগী আশাদা ভীমগী অকোয়বদা চঙশিল্লকলে ॥১০৫॥ নোং মরী মরীনা চীঙমায়দা হৈথরকপগুম্ মম্বাম্ অসিনা কাপশিল্লকপা তেল ময়াম্ অদুনা ভীমগী মশাপুম্বা পূমকুপ কুপখ্রে ॥১০৬॥ নোংমরী মরীনা, লেপ্পচিংবনা অতৎ অথম্ লৈতনা হৈথরকলবস্থ চীঙনা করিমত লেঙাবদবা নাচুংবিদবদুগুম্ব', মখোয় ময়ামনা কাপলকপা লংশিল্লকপা খুংলায়শি' অদুনা ভীমবু খুবৈ নাম লেঙহনবা ঙম্খিদে ॥১০৭॥ ভীমসেননা মখোয়গী তেল অদুবু ককথৎলগা মহারাজগী কল্লবা নজাঈবুঙো বিন্দ অনুবিন্দ অনীবু অদুগা সুবর্ম্মাবু যমালয়দা পুল্লগা থাখি ॥১০৮॥

ভবতশাগৈ ং যোঙ্গৈবা মহারাজ! অসিগী তুংদা মহারাজগী নচাঈপুংঙো সুদর্শনদা ভীমনা খোরবা তেল অনানা পাখি। হেক্ পানবদা মহাক্ লৈমায় থক্ত তুথবগা মথরাই থাবগা চপ্ মাখ্রে ॥১০৯॥ মতৌ অসুম্না ভীমনা মায়গৈ মরিদা কোয়চেল চেন্দুনা লাম্মীশিংবু নৈখাইবা হৌরকলে ॥১১০॥ অদুদগীদ লেমতৌরবা নচাঈবুংঙোশিং অসি, কৈ নোংশাগী মখোল তাবদা শজীশঙাইশিংনা মমীৎ মনা চপ্ য়ৎখত্না ঈথক্ থক্না চেল্লরকপদুগুম্না ভীমগী খোল্লাউ তাবদা মকম্ মরাং খঙদনা পঙ্চেন্ত চেল্লরে ॥১১১॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না ভীমমথন্তনা কৌরবলাম্মী মপৈ অদুবু ছায়ক্কায় শানা নৈরকলে ॥১১২॥ ভীমনা অসুম্না তকশিল্লরুবা মতমসিদা কৌরবলাম্মীশিং অসি অকং অকংবা শগোল রথনচিংবদা তোংথৎ কাখৎনদুনা পঙ্চেন্ত চেল্লকলে ॥১১৩॥

তাংস্তু নিজিত্য সমরে ভীমসেনো মহাবলঃ। সিংহনাদরবং চক্রে বাহুশব্দঞ্চ পাণ্ডবঃ॥১১৪॥
তলশব্দঞ্চ সুমহৎ কৃত্বা ভীমো মহাবলঃ। ভীষয়িত্বা রথানীকং হত্বা যোধান্ বরান্ বরান্
অতীত্য রথিনশ্চাপি দ্রোণানীকমুপাদ্রবৎ॥১১৫॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে ভীমপ্রবেশে দশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ॥০॥

---

পাণ্ডুনন্দন ভীমনা মতৌঅসুম্না কৌরবলাল্মীশিংবু ঙমহুনা সিংহনাদ কল্লা লাউরকৃই॥১১৪॥
মতৌঅসুম্না খুবাক্ কল্লা কল্লা খুহুনা, সিংহনাদ কল্লা কল্লা লাউহুনা কৌরব লাল্মী কয়া কয়াবু নৈখাইরম্লগা দ্রোণনা লৈরিবা মায়গৈদোম্দা অমুক ফুজিল্লকৃই॥১১৫॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মমুংদা ভীমপ্রবেশগী চামতরা শুবা অধ্যায় লোইরে॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## একাদশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামতরামাথোইশুবা অধ্যায়।

( যুধিষ্ঠিরনা চিন্তা তৌরকপা )

### সঞ্জয় উবাচ।

তং জিঘাংসন্তমাচার্য্যং পাণ্ডবং প্রহসন্ রণে।: বিবারয়িষুরাচার্য্যঃ শরবর্ষৈরবাকিরৎ॥১॥
পিবন্নিব শরৌঘাংস্তান্ দ্রোণচাপপবিচ্যুতান্। সোঽভ্যদ্রবত সোদর্য্যান্ মোহয়ন্ মায়য়া বলম্॥২॥
তং মৃধে বেগমাস্থায় পরং পরমধন্বিনঃ। চোদিতাস্তব পুত্রেণ সর্ব্বতঃ পর্য্যবারয়ন্॥৩॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! দ্রোণনা পুন্নিবা লাল্মী অত্থুবুসু তুম্না হাৎলগে হায়দনা খল্লবা অত্থুগা দ্রোণমকুপুসু লোইখোল্লগে হায়না নীঙলবা ভীমনা দ্রোণতম্না ফুজিল্লকপসিদা দ্রোণনা নোক্লা নোক্লা ভীমগী মথক্ত তেন্তনা নোংচুবগুম হৈথরকলে॥১॥ মতম অত্থুদা ভীমনা, দ্রোণনা কাপলকপা তেলশিং অত্থুবু থকশিনখিবগুম্না ককথৎলম্লগা মহারাজগী নচাঈবুঙোশিংতম্না অমুক ফুজিল্লকৃই॥২॥ মতম অসিদা নিংথৌ দুর্য্যোধনগী য়াথংদগী মনাওশিংনা চঙশিল্লক্লনা ভীমবু পুমক্নোম্ন কোয়শিন্দুনা থমখ্রে॥৩॥ মখোয়না চঙশিল্লকপসি. উবদা কাক্ কাক্ নোক্লনা·

স তথা সংবৃতো ভীমঃ প্রহসন্নিব ভারত ! । উদযচ্ছদ্‌গদাং তেভ্যঃ স্বযোধাং সিংহবন্নদন্ ।
অবাসৃজচ্চ বেগেন শত্রুপক্ষবিনাশিনীম্ ॥৪॥
ইন্দ্রাশনিরিবেন্দ্রেণ প্রবিদ্ধা সুমহাত্মনা । প্রামৃদ্গাৎ সা মহারাজ ! সৈনিকাংস্তব সংযুগে ॥৫॥
ঘোষেণ মহতা রাজন্ ! পূরয়ন্তীব মেদিনীম্ । জ্বলন্তী তেজসা ভীমা ত্রাসয়ামাস তে সুতান্ ॥৬॥
তাং পতন্তীং মহাবেগাং দৃষ্ট্বা তেজোঽভিসংবৃতাম্ ।
প্রাদ্রবংস্তাবকাঃ সর্ব্বে নদন্তো ভৈরবান্ রবান্ ॥৭॥
তঞ্চ শব্দমসংসহ্যং তস্যাঃ সংলক্ষ্য মারিষ ! । প্রাপতন্ মনুজাস্তত্র রথেভ্যো রথিনস্তদা ॥৮॥
তে হন্যমানা ভীমেন গদাহস্তেন তাবকাঃ । প্রাদ্রবন্ত রণে ভীতা ব্যাঘ্রাঘ্রাতা মৃগা ইব ॥৯॥
স তান্ বিদ্রাব্য কৌন্তেয়ঃ সংখ্যেঽমিত্রান্ । দুরাসদান্ সুপর্ণ ইব বেগেন পক্ষিরাড়ত্যগাচ্চমূম্ ॥১০॥
তথা তু বিপ্রকুর্ব্বাণং রথযূথপযূথপম্ । ভীমসেনং মহারাজ ! ভারদ্বাজঃ সমভ্যয়াৎ ॥১১॥
দ্রোণস্তু সমরে ভীমং বারয়িত্বা শরোর্ম্মিভিঃ । অকরোৎ সহসা নাদং পাণ্ডূনাং ভয়মাদধৎ ॥১২॥
তদ্‌যুদ্ধমাসীৎ সুমহদ্‌ঘোরং দেবাসুরোপমম্ । দ্রোণস্য চ মহারাজ ! ভীমস্য চ মহাত্মনঃ ॥১৩॥

---

ভীমনা মাগী য়েরুবপুম্বা হাৎভস্বা, অকিবগী মশক্ ওইরবা গদা অহু থাংগৎলকই । ভীমনা গদা অত্তবু উরুরুরু লৈতুনা য়েরুবলাম্মীশিংতুগী মথক্তা লংথরকই ॥৪॥ মহারাজ ! নোংমদোংস্তকপী তারকপা বজ্রগুম্বা ভীমগী গদা অতুনা কৌরব লাম্মীকয়াবু নৈহৎখি ॥৫॥ মহারাজ ! গদা অতুনা মাগী সুংশিৎ ইগোমগা থেংনবদগী পোক্পা মখোল অতুনা মাহুদগী হাইদোরকপা মশেক্ মঙাল্ অতুনা মহারাজগী নচাঈবুংঙোশিংগী থম্মোয়দা মিপাইবা পোক্‌হন্‌খি ॥৬॥ শাক্ক কল্লবা, ঙংলবা গদা অতুনা পাইশিল্ পাইশিল্লকপা মপাঙ্গুরাইদা লৈরম্বা লাম্মী মখৈ ঈমা ঈমা লাউনা চেম্থোক্‌নরক্‌লে ॥৭॥ মহারাজ ! পান্‌ব থাবদি লায়রক্তুনা গদাগুগী শউম্ মখোল্ তাবদা ময়াদা মনাকোংদা ঈ হাথনতুনা খোঙমী লাম্মী অয়াম্বা লৈমায়থক্তা রাম্বতুনা তুথনখি, রথী মখৈনা মাগী মাগী রথদগী ওস্থনখি ॥৮॥ ভীমসেননা গদা তনা অসুম্না হাচিল্লকলবা মতমসিদা কৌরবলাম্মীশিংনা, কৈনা তাম্নরকপা শজী শঙাইশিংনা মচোই মচোই চেম্নবতুগুম্না কিবনা থক্ থক্ নীক্তুনা মায়কৈ মরি ফাংনা চেম্নরক্‌লে ॥৯॥ লাক্‌ঙম্ ফাঙমন্ত্রবা লাম্মীশিং কয়া কয়াবু হাৎলম্নগা ভীম অসি মাগী গদা অহু হাঈর হাঈরতুন লাম্মী তেঙ্গোল ময়াম্ব চবুক্তা চঙশিনখি ॥১০॥ মহারাজ ! রথী কয়ানা ঙাকলো ওইতুনা লৈরবা ভীমসেননা মত্তৌ অসুম্না কৌরবলাম্মী পুম্নমকপু নৈরক্লবা মতম্‌সিদা ; দ্রোণনা অশাউবগা লোয়ননা ভীম তম্না চঙশিল্লকই ॥১১॥ দ্রোণনা ভীমদোমবু তেল মনম্ মনম্ কাপশিল্লক্‌না ; ভীমবু থংথিং থিংতুনা পাণ্ডবপক্ষগী লাম্মীশিংদা থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোকহনখি অমসুং সিংহনাদ কয়া লাউরকই ॥১২॥ অদুগী তুংদা দ্রোণগা কন্নবা ভীমগা অনীগী মরক্ত থোকখিবা লান্নাও অসিদি লাইশিংগী লান্নাওগুম্ অকিবা মনাক্ ওইখি ॥১৩॥ মহারাজ ! দ্রোণগী বীরকর্ম্মগী শাইথোকপা তেল চাম চাম লিংলিং তিংথিল্লা

যদা তু বিশিখৈস্তীক্ষ্ণৈর্দ্রোণচাপপরিচ্যুতৈঃ । বধ্যতে স্ম রণে বীরঃ শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥১৪॥
তদা রথাদবপ্লুত্য বেগমাস্থায় পাণ্ডবঃ । নিমীল্য নয়নে রাজন্! পদাতির্দ্রোণমভ্যয়াৎ ॥১৫॥
(যুগ্মকম্)

যথা হি গোবৃষো বর্ষং প্রতিগৃহ্লাতি লীলয়া । তথা ভীমো নরব্যাঘ্রঃ শরবর্ষং সমগ্রহীৎ ॥১৬॥
স বধ্যমানঃ সমরে রথং দ্রোণস্য মারিষ ।। ঈষায়াং পাণিনা গৃহ্য প্রচিক্ষেপ মহাবলঃ ॥১৭॥
দ্রোণস্তু সত্বরো রাজন্! ক্ষিপ্তো ভীমেন সংযুগে । রথমন্যং সমাস্থায় ব্যূহদ্বারমুপাযযৌ ॥১৮॥
তস্মিন্ ক্ষণে তু সংযত্তা তূর্ণমশ্বানচোদয়ৎ । ভীমসেনস্য কৌরব্য ! তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥১৯॥
ততঃ স্বরথমাস্থায় ভীমসেনো মহাবলঃ । অভ্যদ্রবত বেগেন তব পুত্রস্য বাহিনীম্ ॥২০॥
সংমর্দ্দন্ ক্ষত্রিয়ানাজৌ বাতো বৃক্ষানিবোদ্ধতঃ । অগচ্ছদ্দারয়ন্ সেনাং সিন্ধুবেগো নগানিব ॥২১॥
ভোজানীকং সমাসাদ্য হার্দ্দিক্যেন তু রক্ষিতম্ । প্রমথ্য বহুধা রাজন্! ভীমসেনঃ সমভ্যয়াৎ ॥২২॥
সন্ত্রাসয়ন্ননীকানি তলশব্দেন মারিষ ।। আর্দ্দয়ৎ সর্ব্বসৈন্যানি শার্দ্দুল ইব গোবৃষান্ ॥২৩॥

---

পানবদা শাখিনা শোক্লবা ভীম অসি শাউবনা মমীত্ত ঈ কাহুনা মাগী রথ মথক্তা কল হেক্ চোংথহুনা, মথুক্তা গদা অস্ত পায়হুনা মমীৎ উইশিন্দুনা দ্রোণ তম্না মখোঙনা ফুজিল্লকই ॥১৪-১৫॥ মতম্ অসিদা শঙ্গাও (কাও)না মথক্তা হৈথরক্লিবা নোং মরি লিশিং লিশিংবু খোশাদনা খাঙহনা চেলশিল্লকপহুগুম্না, দ্রোণনা কাপশিল্লকলিবা তেন ময়াম্ অহুনী মরক্ থারহুনা দ্রোণ তম্না চেলশিল্লকই ॥১৬॥ মতম্ অসিদা দ্রোণনা কনা য়াম্না কন্না কাপ শিল্লকইদি হায়রবু ভীমনা প্রপ্রপ্ হোচ্চিল্লক্লনা দ্রোণগী রথগী চাকলেন্ অহুবু মথুং নাম্না পায়থত্তুনা রথ অহুবু কৈরেংনবা লাক্লনা লংঙি ॥১৭॥ মতম্ অসিদা দ্রোণ অসি য়াম্না থুংনৈ থুনা রথ অমদা কল হেক্ চোংথংখিহুনা মহাক্কী হায়গী বেহুগী মচীন অহুদা লৈহুনা লাম্মীশিং অহুবু ঙাকশেন্দুনা লৈখি ॥১৮॥ ভীমনা অস্থুম্না মখোঙনা লেপহুনা লৈরিঙৈ অসিদা ভীমগী সারথি বিশেকনা রথ অহু খোজিল্লক্লনা ভীমবু রথ মথক্ অহুদা হাপথত্তুনা লাল্লক্ত পুশিন্‌খি মাসিমক্ অঙকপা গোদোক্ অমা ওইনা থোক্‌খি ॥১৯॥ মহারাজ! অহুনগীদি ভীম অসি রথ অহুদা তোংথংহুনা নহুাঈ-বুংঙোশিংনা লৈরিবদোমদা অমুক্ ওনশিল্লকই ॥২০॥ নুংশিংকী কল্লবা ইপোম্ অমনা উপাম্বী কয়া কয়াবু মরুমরা য়াওনা ফুক্তোক্লনা লংথোকপা হুগুম্না ভীমনা কৌরবপক্ষগী ক্ষত্রিয় অকনবশিং অহুবু নৈথায়রমহুনা, তুরেলগী কল্লবা ঈচেম্না মমাওদা লৈরবা চীঙ-নুং কয়াবু লাংথোকহুনা চেন-খিবহুগুম্না ভীমনা কৌরব তেংঙোল মপৈ থায়দোক্লনা চঙশিনখি ॥২১॥ অহুগী তুংদা ভীমনা কৃতবর্ম্মানা ঙাক্‌লিবা ভোজগী লান্মী মপৈ অদোমদা হোচ্চিলখিহুনা মখোয়গা কন্না থেংনখি। অহুগা মখোয়বুন্ন নৈথায়বা হোয়কলে ॥২২॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! কৈ-নোংশানা শলগী শহুপ থবু কোরতান্ তায়হুনা নৈথাইরকপা অহুগুম্না, ভীমনা খুবাক্ খুবখুমহুনা, মকৈশক্

ভোজানীকমতিক্রম্য কাম্বোজানাঞ্চ বাহিনীম্। তথা ম্লেচ্ছগণাংশ্চান্যান্ বহূন্ যুদ্ধবিশারদান্ ॥২৪॥
সাত্যকিঞ্চাপি সংপ্রেক্ষ্য যুধ্যমানং মহারথম্। রথেন যত্তঃ কৌন্তেয়ো বেগেন প্রযযৌ তদা ॥২৫॥
ভীমসেনো মহারাজ। দ্রষ্টুকামো ধনঞ্জয়ম্। অতীত্য সমরে যোধাংস্তাবকান্ পাণ্ডুনন্দনঃ ॥২৬॥
(বিশেষকম্)

সোঽপশ্যদর্জ্জুনঃ তত্র যুধ্যমানং মহারথম্। সৈন্ধবস্য বধার্থায় পরাক্রান্তং পরাক্রমী ॥২৭॥
তং দৃষ্ট্বা পুরুষব্যাঘ্রশ্চুক্রোশ মহতো রবান্। প্রাবৃট্‌কালে মহারাজ। নদন্নিব বলাহকঃ ॥২৮॥
তং তস্য সুমহানাদং পার্থঃ শুশ্রাব নর্দ্দতঃ। বাসুদেবশ্চ কৌরব্য। ভীমসেনস্য সংযুগে ॥২৯॥
তৌ শ্রুত্বা যুগপদ্বীরৌ নিনদং তস্য শুষ্মিণঃ। পুনঃ পুনঃ প্রাণদতাং দিদৃক্ষন্তৌ বৃকোদরম্ ॥৩০॥
ততঃ পার্থো মহানাদং মুঞ্চন্ বৈ মাধবশ্চ হ। অভ্যয়াতাং মহারাজ। নদন্তৌ গোবৃষাবিব ॥৩১॥
ভীমসেনরবং শ্রুত্বা ফাল্গুনস্য চ ধন্বিনঃ। অপ্রীয়ত মহারাজ। ধর্ম্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ ॥৩২॥
বিশোকশ্চাভবদ্রাজা শ্রুত্বা তং নিনদং তয়োঃ। ধনঞ্জয়স্য চ রণে জয়মাশাস্তবান্ বিভুঃ ॥৩৩॥
তথা তু নর্দ্দমানে বৈ ভীমসেনে মদোৎকটে। স্মিতং কৃত্বা মহাবাহুর্ধর্ম্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ।
হৃদ্গতং মনসা প্রাহ ধ্যাত্বা ধর্মভৃতাং বরঃ ॥৩৪॥

---

মখোল হৌনা ফুর ফুরদুনা য়েক্কবশিংগী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোক্‌হন্দুনা কৃতবর্ম্মানা ঙাকশেল্লিব লান্মীশিং অদুবু নৈবা হৌরকলে ॥২৩॥ মহারাজ! কুন্তীগী মচা ভীমনা মতৌ অম্মুম্না ভোজগী লান্মী, কম্বোজগী লান্মী অদুগা লান্দা হৈশিংলবা, মরৈ মরা চাউরবা ম্লেচ্ছজাতিগী লান্মীশিং-খোখোপ্পা অসিবু লাম্হোকতুনা লালশোক্লদুনা লৈরিবা সাত্যকিবুসু উরদুনা অর্জ্জুনগী মশক্‌উগদবগী য়াম্না চ্যেকশিন্না অঙম্বা পাঙ্গল্লা লান্মীশিংবু নৈখাই নৈখাইদুনা শোক্লবা হৌরকই ॥২৪-২৬॥ ওহাক লৈরগা ভীমনা, জয়দ্রথবু হাৎকদবগী য়াম্না চ্যেকশিন্না হোৎনদুনা লৈরিবা অর্জ্জুনবু উবা ফংলে ॥২৭॥ মহারাজ! মনাও অর্জ্জুননা তেরু কায়দনা লৈরম্বদু হেক্‌উবদ', ভীম্ অসি নোংজুপাম্বাগী ফূঈনা হৌরক্লবা নোংগী মতৌগুম্না খোঙ্গেল হৌনা সিংহনাদ তৌরকই ॥২৮॥ কৌরবনন্দন। ভীমসেনগী সিংহনাদ অদু কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা অনীনা তাখি। ॥২৯॥ তেজ লৈরবা ভীমসেনগী সিংহনাদ অদু তাবদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমু মহাকপু উনিংবদগী হন্না হন্না সিংহনাদ লাউরকই ॥৩০॥ মহারাজ! অদুদগীদি কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীসি সিংহনাদ লাউবা তোক্তনা অনীমক্ ভীমগী নাক্ত চঙ্ডকই ॥৩১॥ অসোমদা অর্জ্জুনগা ভীমগা মনাও অনীনা সিংহনাদ লাউরক্‌পদু তাবদা যুধিষ্ঠির অসি থোইদোক্লা নুংঙাইখি ॥৩২॥ মতীকমগুণ চাউরবা যুধিষ্ঠিরনা মখোয়গী সিংহনাদ তাবদুদগীদি পুক্নীংদা চিংনবা লাওতরুবা অমত তৌখিদ্রে। অর্জ্জুননা জয় ওইররিনি হায়বগী আশাসু কন্না তৌখ্রে ॥৩৩॥ অসোমদগী ভীমসেনগী সিংহনাদগী খোঙ্গেল হেক্ তাবদা মোমোন নোক্তনা যুধিষ্ঠিরনা অসোমদা অম্মুম্না খল্লকই ॥৩৪॥ "ভীমসেন! নংনা হৌজিক্ ঐঙোন্দা অর্জ্জুন সাত্যকি অনীনা তেক্ত

দত্তা ভীম। ত্বয়া সংবিৎ কৃতং গুরুবচস্তথা। নহি তেষাং জয়ো যুদ্ধে যেষাং শ্রেষ্ঠোসি পাণ্ডব। ॥৩৫॥
দিষ্ট্যা জীবতি সংগ্রামে সব্যসাচী ধনঞ্জয়ঃ। দিষ্ট্যা চ কুশলী বীরঃ সাত্যকিঃ সত্যবিক্রমঃ। ॥৩৬॥
দিষ্ট্যা শৃণোমি গর্জন্তৌ বাসুদেবধনঞ্জয়ৌ। যেন শক্রং রণে জিত্বা তর্পিতো হব্যবাহনঃ।
স হন্তা দ্বিষতাং সংখ্যে দিষ্ট্যা জীবতি ফাল্গুনঃ। ॥৩৭॥
যস্য বাহুবলং সর্ব্বে বয়মাশ্রিত্য জীবিতাঃ। স হন্তা রিপুসৈন্যানাং দিষ্ট্যা জীবতি ফাল্গুনঃ ॥৩৮॥
নিবাতকবচা যেন দেবৈরপি সুদুর্জ্জয়াঃ। নির্জ্জিতা ধনুষৈকেন দিষ্ট্যা পার্থঃ স জীবতি ॥৩৯॥
কৌরবান্ সহিতান্ সর্ব্বান্ গোগ্রহার্থে সমাগতান্। যোঽজয়ন্মৎস্যনগরে দিষ্ট্যা পার্থঃ স জীবতি ॥৪০॥
কালকেয়সহস্রাণি চতুর্দ্দশ মহারণে। যোঽবধীদ্ভুজবীর্য্যেণ দিষ্ট্যা পার্থঃ স জীবতি। ॥৪১॥
গন্ধর্ব্বরাজং বলিনং দুর্য্যোধনকৃতেন বৈ। জিতবান্ যোঽস্ত্রবীর্য্যেণ দিষ্ট্যা পার্থঃ স জীবতি ॥৪২॥

---

কায়দনা লৈবগী ঈঙ্গিত তৌরকৃলি। ময়াম্বগী য়াথংসু কায়দনা ভাকৃলি। মীমহাক্ অদুগী মথক্তা নংনা শাউথ্রবা সুংভাইখিত্রবা মী অদুনা করম্না নখুত্তা মায়থীবা কংদনা তোক্তনি। মী অদুগী জয়তদি মরৈত্রবনি ॥৩৫॥ ঐগীলাইবক ফবনা অর্জ্জুননা অমদি সাত্যকিনা হৌজিকফাওবা লালফম্ অসিদা করিস্তু তৌদনা হিংহনা লৈরি ॥৩৬॥ লাইবক্ ফবনা কৃষ্ণ--অর্জ্জুন অনীগী খোল্লাউস্তু তারে ॥ ইন্দ্রবু জয় তৌদুনা খাণ্ডববনবু মৈদা দান তৌখিবা ঈনাও অকনবা অর্জ্জুননা হৌজিক্ ফাওবা করিস্তু তৌদনা লৈরিবসি ঐগী লাইবক ফবদগীনি ॥৩৭॥ মহাক্তী পান্থোমগী পাঙ্গল্লা পাণ্ডব ঐখোয়না হৌজিকফাওবা লৈরিবনি। ঐগী লাইবক ফবনা হৌজিকফাওবা অর্জ্জুননা করিস্তু তৌদনা লৈরে ॥৩৮॥

সাক্ষয়াম্ মক্তা লাকড়্মদবা, লান্দ লাকড়্মফাওমদবা,
নিবাতকবচ হিংচাবাশিংবু, তেক্তনা মায়থীবা পীখিবা,
অর্জ্জুননা হৌজিকফাওনা হিংলিবসে, ঐগী লাইবক্‌ফবননি ॥৩৯॥

বিরাটকি শহরথোমদৈদা, কৌরবং অমকনা মথক্তনা
কোরবগী অকনবা মপৈবু, জয়তৌদুনা শলমুলহৌবা,
অর্জ্জুননা হৌজিকফাও লৈরিবসে, ঐগী লাইবক্ ফবননি ॥৪০॥
মপান্থোম্ পাঙ্গল্লা মথক্তনা, কালকেয় হিংচাবা লিশিংতরামরি,
মথল্লাই লৌখিবা অকনবা; অর্জ্জুনকৌবা পাণ্ডবনা
হৌজিকফাও হিংলি হায়বসে, ঐগী লাইবক্ ফবননি ॥৪১॥
ঘোষযাত্রাগী মতমদা, দুর্য্যোধনগী মথ্যাই কন্‌বিবা
চিত্রসেন গন্ধর্ব্ববু ভমখিবা কল্লবা ঈনাও অর্জ্জুননা
হৌজিক্‌ফাও হিংলি হাইবসে, ঐগী লাইবক্ ফবননি ॥৪২॥

কিরীটমালী বলবান্ শ্বেতাশ্বঃ কৃষ্ণসারথিঃ। মম প্রিয়শ্চ সততং স্থিত্যা জীবতি ফাল্গুনঃ ॥৪৩॥
পুত্রশোকাভিসন্তপ্তশ্চিকীর্ষন্ কর্ম্ম দুষ্করম্। জয়দ্রথবধান্বেষী প্রতিজ্ঞাং কৃতবান্ হি যঃ।
কচ্চিৎ স সৈন্ধবং সংখ্যে হনিষ্যতি ধনঞ্জয়ঃ ॥৪৪॥

কচ্চিত্তীর্ণপ্রতিজ্ঞং হি বাসুদেবেন রক্ষিতম্। অনস্তমিত আদিত্যে সাদিষ্যাম্যর্জ্জুনম্ ॥৪৫॥
কচ্চিৎ সৈন্ধবকো রাজা দুর্য্যোধনহিতে রতঃ। নন্দয়িষ্যত্যমিত্রাণি ফাল্গুনেন নিপাতিতঃ ৪৬॥
কচ্চিদ্দুর্য্যোধনো রাজা ফাল্গুনেন নিপাতিতম্। দৃষ্ট্বা সৈন্ধবকং সংখ্যে শমমস্মাসু ধাস্যতি ॥৪৭॥
দৃষ্ট্বা বিনিহতান্ ভ্রাতৄন্ ভীমসেনেন সংযুগে। কচ্চিদ্দুর্য্যোধনো মন্দঃ শমমস্মাসু যাস্যতি ॥৪৮॥
দৃষ্ট্বা চান্যান্ বহূন্ যোধান্ পতিতান্ ধরণীতলে। কচ্চিদ্দুর্য্যোধনো মন্দঃ পশ্চাত্তাপং গমিষ্যতি ॥৪৯॥
কচ্চিদ্ভীষ্মেণ নো বৈরমেকেনৈব প্রশাম্যতি। সেষস্য রক্ষণার্থঞ্চ সন্ধাস্যতি সুযোধনঃ ॥৫০॥

---

মালা-লুহুপ্পা লৈতেংবা, অঙৌবা শগোল্লা রথচিংবা
কৃষ্ণনা মাগী সারথি ওইবা, ঐগী ঈনাও নুংশিজবা
অর্জ্জুননা হৌজিককাও হিংবসে, ঐগী লাইবক্ ফবননি ॥৪৩॥

মচাকায়নবা থম্মোয় চাক্লবা, ঈনাও অর্জ্জুন কৌবনা
জয়দ্রথবু হাংকে রাশকপা, হাৎপবু ঙম্মিগদ্রা খঙদ্রেদা ॥৪৪॥

কৃষ্ণনা সারথি ওইখিবা, অর্জ্জুননা রাশক্ থুংহুনা
নুমিৎ তান্দ্রিদৈ মমাঙদা, ঈমাঙদা লাকপা মহাক্পু
যুধিষ্ঠির কৌবা ঐহক্না ঙসিগী নুমিত্ত উগদ্রা ? ॥৪৫॥

দুর্য্যোধনগী অফবত খল্লবা, জয়দ্রথ কৌবা মহাক্পু
হাৎলগা অর্জ্জুননা ঙসিবু, পাণ্ডবলাম্মীশিংবু নুংঙাইহল্লখিগদ্রা ! ॥৪৬॥

অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎখিবদুদা দুর্য্যোধন মশানা অনুতাপ তৌরক্না ঐখোয়দা সন্ধি তৌনবসি ককাদি হায়রখিরোইদ্রা ? ॥৪৭॥ ভীমসেননা মনাওশিং খোথোপ্পবু হাৎলকাওবদা দুর্য্যোধননা ঐখোয়দা সন্ধি তৌনবসি হায়বসিবু হায়রখিরোইদ্রা ? ॥৪৮॥ লাম্মী অয়াম্বনা লালফমদা থুরক্ হাঙদনা তাহুনা লৈবসি উরগা পঙলবা দুর্য্যোধননা অনুতাপ তৌদুনা ঐখোয়দা সন্ধি তৌসি ককাদি হায়ররোইদ্রা ? ॥৪৯॥ "ভীষ্ম অমত্তং তুখিবসিনা ঐখোয় মখোয়গী মরক্ত লৈরিবা শত্রুতা অসি কোকথিরোইদ্রা ? লৈহৌরিবা লাম্মীশিং অসিতবু কনুগে হায়বগী দমক্ মহাক্ ঐখোয়দা সন্ধি

এবং বহুবিধং তস্য চিন্তয়ানস্য পার্থিব ! । কৃপয়াভিপরীতস্য ঘোরং যুদ্ধমবর্ত্তত ॥৫১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি জয়দ্রথবধে যুধিষ্ঠিরহর্ষে একাদশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

তৌসিহায়খিগন্রা ?" ॥৫০॥ মহারাজ ! যুধিষ্ঠিরনা অসোমদা অসুম্না চিন্তা তৌরিঙৈসিদা অসোমদদি অকিবা কংলবা লাঞ্জাও অম থোক্লিবনি ॥৫১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা যুধিষ্ঠিরহর্ষগী চামতরামাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বাদশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

### চামতরানিথোইশুবা অধ্যায়ঃ ॥

( কর্ণনা মাইথীবা)

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ

তং তথা নর্দ্দমানন্তু ভীমসেনং মহাবলম্ । মেঘস্তনিতনির্ঘোষং কে বীরাঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥১॥

নহি পশ্যাম্যহং তং বৈ ত্রিষু লোকেষু সঞ্জয় ! । ক্রুদ্ধস্য ভীমসেনস্য যস্তিষ্ঠেদগ্রতো রণে ॥২॥

গদামুদ্যচ্ছতস্তস্য কালস্যেব মহামৃধে । নহি পশ্যাম্যহং তাত ! যস্তিষ্ঠেত রণাজিরে ॥৩॥

রথং রথেন যো হন্যাৎ কুঞ্জরং কুঞ্জরেণ চ । কস্তস্য সমরে স্থাতা সাক্ষাদপি পুরন্দরঃ ॥৪॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—মপাঙ্গল কল্লবা ভীমনা নোংথাকপা খোংবগী মতোঙুম্না য়াম্না হৌনসিংহনাদ লাউথুনা তকৃশিল্লবৃপা মতমসিদা কৌরবপক্ষগী অকনবা লান্মী কনা অমতনা মাগী মমাঙদা লেপ্লে ঙম্খিল্লবরা ? ॥১॥ অদুগা সঞ্জয় ! তৌবগীদি মরোল অদুমদা ভীমগী মমাঙদা লেপ্লে ঙমগদবদি কনানো, 'কনা অমত লৈতে ॥২॥ ঈবুঙো সঞ্জয় ! ভীমনা মাগী গদা অদু থাংগত্তুনা যমরাজগী মতোঙুম্না চঙঙকৃপা মতমদা মাগী মমাঙদা লেপকদবসি ঐখোয়গী পক্কদা কনা অমতউদে ॥৩॥ রথ অমদু পায়খৎলগা রথঅমদা থাজিনবা ঙম্বা, শামু অমবু হোইহোই লাউনা পায়খৎলগা শামু অমদা ফুজিনবা ঙম্বা অদুগুম্বা ভীমগী মাঙদা লেপকদবসি কনানো ? ইন্দ্রমশামকসু

ক্রুদ্ধস্য ভীমসেনস্য মম পুত্রান্ জিঘাংসতঃ। দুর্য্যোধনহিতে যুক্তাঃ সমতিষ্ঠন্ত কেঽগ্রতঃ ॥৫॥
ভীমসেনদবাগ্নেস্তু মম পুত্রতৃণোলপান্। প্রধক্ষ্যতো রণমুখে কেঽতিষ্ঠন্নগ্রতো নৃপাঃ ॥৬॥
কাল্যমানান্ হি মে পুত্রান্ ভীমেনাবেক্ষ্য সংযুগে। কালেনেব প্রজা সর্ব্বাঃ কে ভীমং পর্য্যবারয়ন্ ॥৭॥
ন মেঽর্জ্জুনাদ্ভয়ং তাদৃক্ কৃষ্ণান্নাপি চ সাত্বতাৎ। হুতভুগ্জন্মনো নৈব যাদৃগ্ভীমাদ্ভয়ং মম ॥৮॥
ভীমবহ্নেঃ প্রদীপ্তস্য মম পুত্রান্ দিধক্ষতঃ সঞ্জয়। কে শূরাঃ পর্য্যবর্ত্তন্ত তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়। ॥৯॥

## সঞ্জয় উবাচ

তথা তু নর্দ্দমানং তং ভীমসেনং মহাবলম্। তুমুলেনৈব শব্দেন কর্ণোঽপ্যভ্যদ্রবদ্বলী ॥১০॥
ব্যাক্ষিপ্য বলবচ্চাপমতিমাত্রমমর্ষণঃ। কর্ণঃ সুযুদ্ধমাকাঙ্ক্ষন্ দর্শয়িষ্যন্ বলং বলী।
রুরোধ মার্গং ভীমস্য বাতস্যেব মহীরুহঃ ॥১১॥
ভীমোঽপি দৃষ্ট্বা সাবেগং পুরো বৈকর্ত্তনং স্থিতম্। চুকোপ বলবদ্বীরশ্চিক্ষেপাস্য শিলাশিতান্।
তান্ প্রত্যগৃহ্ণাৎ কর্ণোঽপি প্রতীপং প্রেষয়ন্ শরান্ ॥১২॥
ততস্তু সর্ব্বযোধানাং যততাং প্রেক্ষতামপি। প্রাবেপন্নিব গাত্রাণি কর্ণভীমসমাগমে ॥১৩॥

---

ওম্মোই ॥৪॥ ভীমনা ঐগী ঈচাশিংবু হাৎলগে হায়না মনীঙপ্রবদি কনানো মাগী মমাঙদা লেপ্পুগদবা ? ॥৫॥ ভীমগী মশক পুরবা লম্মেনা ঐগী ঈচাশিংগী মশক লোৌরবা নাপী অকংবশিং অমিবু চাকথেকপা হৌরক্লবদা কনানো লাল্লক্ত মৈ অদুবু মুথৎকদবা ? ॥৬॥

প্রলয়গী মতম্দা রুদ্রনা, থরাই পানবা থিবিক্পু
মাঙহল্লক্পদুগুম্না, ভীমনা ঈচাশিং ময়াম্পু
নৈথাইরক্পা মতম্দা, কনানো থিংগদবা মহাকপু
কনানো ভীমগী থুত্তগী, কনবিগদবা মথোয়বু ॥৭॥

ভীমবু কিব অস্মুক ঐনা অর্জ্জুনবুস্থ, কৃষ্ণমক্পুস্থ, অদুগা ধৃষ্টদ্যুম্নমকপুস্থ কিদে ॥৮॥ "লম্মেনগী মশক ওইরবা ভীমনা ঐগী ঈচাশিংবু চাকথেক্লগেহায়না চঙশিল্লক্লবদা, কৌরবগী পক্ষদগী কনা কনানো অকনবা, মাবু ঙাকথোকদবা ?" ॥৯॥ সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ ! ভীমনা অস্মুয়া ঙংলদুনা লাউরদুনা ফুজিল্লকপা মতমসিদা কল্লবা কর্ণনা সিংহনাদ কয়া লাউদুনা ভীমলোমদা চেনশিল্লকই ॥১০॥ শাউরবা কর্ণনা মহাক্না ঙম্বা শক্তি উৎকনি হায়দুনা, চুম্নগী অশেংবা লান্দা ভীমগা থেংনবি হায়না আশা তৌরদুনা, লৌরীবু নাকোং মরুকংনাচিংদুনা তেঙ্গা থোংদুনা, উপান্ডীনা ফুংশিংপু থিংগে হোৎনবদুগুম্না ভীমগী মায়োক্ য়াখি ॥১১॥ অকনবা ভীমস্থ কর্ণবু হেক উবদা অশাউবনা লুত্তোন কাখি। থোরথোরবা তেল শম্ভুনা ভীমনা কর্ণতয়া কাপশিল্লকই। কর্ণস্থ ভীমগী তেল ময়াম্ অদু ককৃথৎপা হৌখি ॥১২॥ কর্ণগা ভীমগা অনীনা কয়া থেংনরকপসিদা অউবা মথৈগী থশোয়দা মিপাইবা তুজুংবা পোকখি ॥১৩॥ মহারাজ ! কৌরবপক্ষগী আম্বা মরক লৈরিবা

রথিনাং সাদিনাঞ্চৈব তয়োঃ শ্রুত্বা তলস্বনম্। ভীমসেনস্য নিনদং ঘোরং শ্রুত্বা রণাজিরে।
খঞ্চ ভূমিঞ্চ সংরুদ্ধাং মেনিরে তব সৈনিকাঃ ॥১৪॥
পুনর্ঘোরেণ নাদেন পাণ্ডবস্য মহাত্মনঃ। সমরে সর্বযোধানাং ধনূংষি ন্যপতন্ ক্ষিতৌ ॥১৫॥
বিত্রস্তানি চ সর্বাণি শকৃন্মূত্রং প্রসুস্রুবুঃ। বাহনানি মহারাজ! বভূবুর্বিমনাংসি চ ॥১৬॥
প্রাদুরাসন্ নিমিত্তানি ঘোরাণি চ মহান্তি চ। গৃধ্রকাকবলৈশ্চাসীদন্তরীক্ষং সমাবৃতম্।
তস্মিংস্তু তুমুলে রাজন্! ভীমকর্ণসমাগমে ॥১৭॥
ততঃ কর্ণস্তু বিংশত্যা শরাণাং ভীমমার্দ্দয়ৎ। বিব্যাধ চাস্য ত্বরিতং সূতং পঞ্চভিরাশুগৈঃ ॥১৮॥
প্রহস্য ভীমসেনশ্চ কর্ণং প্রত্যার্দ্দয়দ্রণে। সায়কানাং চতুঃষষ্ট্যা ক্ষিপ্রকারী মহাবলঃ ॥১৯॥
তস্য কর্ণো মহেষ্বাসঃ সায়কাংশ্চতুরোঽক্ষিপৎ। অসংপ্রাপ্তাংস্তু তান্ ভীমঃ সায়কৈর্নতপর্ব্বভিঃ ॥২০॥
চিচ্ছেদ বহুধা রাজন্! দর্শয়ন্ পাণিলাঘবম্। তং কর্ণশ্ছাদয়ামাস শরব্রাতৈরনেকশঃ ॥২১॥ (যুগ্মকম্)
স চ্ছাদ্যমানঃ কর্ণেন বহুধা পাণ্ডুনন্দনঃ। চিচ্ছেদ চাপং কর্ণস্য মুষ্টিদেশে মহারথঃ।
বিব্যাধ চৈনং বহুভিঃ সায়কৈর্নতপর্ব্বভিঃ ॥২২॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় সজ্যং কৃত্বা চ সূতজঃ। বিব্যাধ সমরে ভীমং ভীমকর্ম্মা মহারথঃ ॥২৩॥

---

রথীশিংনা, শামু তোংবা শগোল তোংবা লান্মীশিংনা, লালকময়ায়দা কর্ণ-ভীম অনীগী লাউনরকপা সিংহনাদগী অদুগা থানরকপা কাপনরকপগী মখোল অদুমক্তনা আকাশপাতাল কাওথ্রখিনি হায়না খল্লখি ॥১৪॥ মহাবীর ভীমগী সিংহনাদগী ঈনিন্না লাম্মী খুদিংমক্কী মথুন্তগী লৈরুংশিং অদু মশা মশানা প্রোপ প্রোপ অদুম তাজখ্রে ॥১৫॥ মহারাজ! ভীমগী খোল্লাউ তাবদা কৌরবপক্ষগী শগোলশামুশিংনা মপান্থোকতোক থোকতোক্লা, মাংথোক মাংথোক্লা কোয়চেলচেন্নরি; তুককতুকাই চন্নরি ॥১৬॥ মহারাজ! ভীমকর্ণ অনীগী লাল্লাও অসি হেক হৌরকপদা ফত্রবা অমঙ্গল ওইবা খুদমমক্তা কৌরব পক্ষগী মপা নোংমদোনথক্ত উনখি। হ্রাক, লাওজ', উরোকমক্তনা নোংমদোন পুমকুপ কুপখি ॥১৭॥ অসিগী তুংদা, কর্ণনা তেল কুন্না ভীমদা থারগা মগী অমনা মাগী সারথি বিশোকদা থাখি ॥১৮॥ মতম অদুদা মথুংথুরবা কল্লবা ভীমনা, নোক্লনোক্লা তেল হুন্দ্ৰুমরিনা কর্ণদা কন্না থাখি ॥১৯॥ মহারাজ! কর্ণনা থৌরবা তেল মরি ভীম তন্না কাপশিল্লকই। মতম্ অদুদা কল্লবা, মথুংথুরবা ভীমনা তেলশিং অদুবু লম্মখাওদা খৌরবতেল অমনা ককথত্তুনা থাদখি। অদুদগীদি কর্ণনা তেন্তনা ভীমবু পুমন্নোম্ য়োম্‌শিনহনখ্রে ॥২০-২১॥ ভীমনা, কর্ণনা কাপশিল্লকলিবা তেলশিং অদুবু ককথৎলগা খৌরবা তেল অমনা কর্ণগী লৈরুং অদু খুদুম মথক্তা ককথৎখি। অদুদগী অমুক খৌরখৌরবা তেলমপৈ অমনা কর্ণদা কন্না থাখি ॥২২॥

অদুদগী কল্লবা কর্ণনা অতোপ্পা লৈরুং অমমুক্ পায়থত্তুনা লৈরী তত্ত হাপ্ হাপ্ কত্তুনা খৌরখৌরবা তেন্না ভীমদা থাজিন্‌বা হৌরকলে ॥২৩॥ মতম অদুদা শাউরবা ভীমসেননা খৌরবা

তস্য ভীমো ভৃশং ক্রুদ্ধস্ত্রীন্ শরান্ নতপর্ব্বণঃ। নিচখানোরসি তদা সূতপুত্রস্য বেগিনঃ ॥২৪॥
তৈঃ কর্ণোঽরাজত শরৈরুরোমধ্যগতৈস্তদা। মহীধর ইবোদগ্রস্ত্রিশৃঙ্গো ভরতর্ষভ ॥২৫॥
সুস্রাব চাস্য রুধিরং বিদ্ধস্য পরমেষুভিঃ। ধাতুপ্রস্যন্দিনঃ শৈলাদ্যথা গৈরিকধাতবঃ ॥২৬॥
কিঞ্চিদ্বিচলিতঃ কর্ণঃ সংপ্রহারাভিপীড়িতঃ। ধনুঃ সসায়কং কৃত্বা ভীমং বিব্যাধ মারিষ!।
চিক্ষেপ চ পুনর্বাণান্ শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥২৭॥
স চ্ছাদ্যমানঃ সহসা কর্ণেন দৃঢ়ধন্বিনা। ধনুর্জ্যামচ্ছিনত্তূর্ণং প্রস্ময়ন্ পাণ্ডুনন্দনঃ ॥২৮॥
সারথিঞ্চাস্য ভল্লেন প্রাহিণোদ্যমসাদনম্। বাহাংশ্চ চতুরস্তস্য ব্যসূংশ্চক্রে মহাবলঃ ॥২৯॥
হতাশ্বাত্তু রথাত্তূর্ণং সমাপ্লুত্য বিশাংপতে!। স্যন্দনং বৃষসেনস্য সমারোহদ্মহারথঃ ॥৩০॥
নির্জ্জিত্য তু রণে কর্ণং ভীমসেনঃ প্রতাপবান্। ননাদ বলবন্নাদং পর্জ্জন্যনিনদোপমম্।
তস্য তং নিনদং শ্রুত্বা প্রহৃষ্টোঽভূদ্যুধিষ্ঠিরঃ ॥৩১॥
কর্ণস্তু নির্জ্জিতং মত্বা ভীমসেনেন মারিষ!। সমন্তাচ্ছঙ্খনিনদং পাণ্ডুসেনাকরোত্তদা ॥৩২॥
শত্রুসেনাধ্বনিং শ্রুত্বা তাবকা হ্যনদন্ ভৃশম্। গাণ্ডীবং ব্যাক্ষিপৎ পার্থঃ কৃষ্ণোঽপ্যজমবাদয়ৎ ॥৩৩॥
তমন্তর্ধায় নিনদং ধ্বনির্ভীমস্য নর্দ্দতঃ। অশ্রূয়ত মহারাজ! সর্বসৈন্যেষু দারুণঃ ॥৩৪॥

---

তেল অহুমনা কর্ণগী মথবাক্ত থাখি। তেল্ অহুম্ অহুনা কর্ণগী মথবাক্ত চপ্ চংহুনা লৈখি ॥২৪॥ ভীমগী তেল অহুম্ অহুনা চংহুনা লৈবহুদা কর্ণ অসি চীঙদোল্ অহুম্ লোঙবা চীঙজাও অমগী মতৌগুমখি ॥২৫॥ অহুদগীদি চীঙদোন্দগী ভাঙসবা চীঙলৈবাক্তা য়াম্নবা ঈচেল চেন্থরক্পগুম্না ঈগী থারানা অতৎ অথম্ লৈতনা কর্ণগী মশাদগী শিন্দুখি ॥২৬॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ! থীনা পান্মন্থিবনা কর্ণ অসি ওহাক্তং জ্ঞান মাডিগু। অহুদগী জ্ঞান হেক তারকপদা, তেঙ্গা থোংল থোংলহুনা থৌরথৌরবা তেলগুাক্ত লিশিং লিশিং চাম চামনা খুজিং ওইহুনা ভীমদা কাপশিল্লকলে ॥২৭॥ কর্ণনা অস্মুনা, কাপ্শিল্লকপা তেল ময়ামদুবু ভীমনা নোক্না নোক্না করুথৎলগা, থৌরবা তেল অমনা কর্ণগী লীরী অহ্র ককথৎখি ॥২৮॥ অহুদগী তামচীন শাবা তেল অমনা ভীমনা কর্ণগী সারথিবু খুদক্ত মথ্বাই লৌখি। অহুদগী শগোল মরি অহ হাত্তোকখি ॥২৯॥ শগোলসারথি য়াওদ্রবা রথ অহুদগী চোংথহুনা কর্ণ অসি বৃষসেনগী রথমথক্ত চোংখৎখি ॥৩০॥ মতীক্মগুণ মপাঙ্গল লৈরবা ভীমনা কর্ণবু জয় তৌরব মতুংদা সিংহনাদ কন্না লাউরকই। সিংহনাদগী খোঞ্জেল তাবদা অসোমদা যুধিষ্ঠিরনা থোইনা হরাউখি পেনখি ॥৩১॥ মহারাজ! ভীমসেননা কর্ণবু জয় তৌবসি উবদা পাণ্ডব লাঙ্মী মথৈনা য়াম্না হরাউনা মাগী মাগী মোইবুং খোংগৎলবখি ॥৩২॥ য়েক্কবকাণ্ডবুগী মোইবুং খোঞ্জেল তাবদা কৌরবকী লাঙ্মী পুম্নমক্ না মাগী মাগী মোইবুং খোংগৎলখি। অমমোমদগী অর্জ্জুননা গাণ্ডীব লীরী থীংবগী মখোল্, কৃষ্ণগী পাঞ্চজন্যগী খোঞ্জেল তানবকখি ॥৩৩॥ মহারাজ! মতম অসিদা, ভীমগী হৌরবা খোঞ্জেলনা অহুক মাথা পুংশেল বর মোইবুংনচিংবগী মখোলশিং অদুবু নমহত্না থাইগী নাকোংদা বন্ধ তাদগুম চঙশিল্লকখি। ॥৩৪॥ মতম অসিদা

ততো ব্যায়চ্ছতাং বীরৌ পৃথক্ পৃথগজিহ্মগৈঃ। মৃদুপূর্ব্বঞ্চ রাধেয়ো দৃঢ়পূর্ব্বঞ্চ পাণ্ডবঃ ॥৩৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

জয়দ্রথবধে কর্ণপরাজয়ে দ্বাদশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

অকন্‌বা অনী অসি তোঙ্গাল্‌তোঙানবা মওংদা লাল্ শোক্নরকুলে। কর্ণনা তপ্‌লপ্ তপ্‌লপ্না, ভীমনা হন্না-হন্না কাপ্‌পা হৌরকুলি ॥৩৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণ পর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা কর্ণপরাজয়গী চামতরানিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রয়োদশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চামতরাহুমদোইশুবা অধ্যায়

(দুর্য্যোধনগী লাল)

সঞ্জয় উবাচ।

তস্মিন্ বিলুলিতে সৈন্যে সৈন্ধবায়ার্জ্জুনে গতে। সাত্যকৌ ভীমসেনে চ পুত্ত্রস্তে দ্রোণমভ্যয়াৎ।
ত্বরন্নেকরথেনৈব বহু কৃত্যং বিচিন্তয়ন্ ॥১॥

স রথস্তব পুত্ত্রস্য ত্বরয়া পরয়া যুতঃ। তূর্ণমভ্যদ্রবদ্দ্রোণং মনোমারুতবেগবান্।
উবাচ চৈনং পুত্ত্রস্তে সংরম্ভাদ্রক্তলোচনঃ ॥২॥

অর্জ্জুনো ভীমসেনশ্চ সাত্যকিশ্চাপরাজিতঃ। বিজিত্য সর্ব্বসৈন্যানি সুমহান্তি মহারথাঃ ॥৩॥
সংপ্রাপ্তাঃ সিন্ধুরাজস্য সমীপমনিবারিতাঃ। ব্যায়চ্ছন্তি চ তত্রাপি সর্ব্ব এব মহারথাঃ ॥৪॥
(যুগ্মকম্)

---

**সঞ্জয়না হায়ঃ—** মহারাজ। কৌরব লাশ্মী পুম্বা নৈথাইরম্‌মুরুনা অহুগী ভুংদা অর্জ্জুন, সাত্যকি, ভীমসেন অহুম্ অসিনা জয়দ্রথনা লৈরিবা মায়ৈগেদা চঙ্‌শিল্লকবদা, দুর্য্যোধনা রথ অমদা তোংলহনা মথক্তা চিন্তা তৌন তৌনা দ্রোণন লৈরিবা মায়গৈদা লাক্ই ॥১॥ নুংশিৎকী মরাঙ্ থানা চেল্লবা, পুত্রীংগী মতৌঙম্ থাঙ্‌বা রথ ওইবনা মীকুপ্তা দুর্য্যোধন অসি দ্রোণগী নাক্তা থুংখি। থাউবনা মমীত্তা মৈ কাহুনা দ্রোণদা অসুম্না হায়খি ॥২॥ "গুরুদেব। অর্জ্জুন সাত্যকি ভীমসেন মথোর

যদি তাবদ্রণে পার্থো ব্যতিক্রান্তো মহাবলঃ। কথং সাত্যকিভীমাভ্যাং ব্যতিক্রান্তোঽসি মানদ।।৫।
আশ্চর্য্যভূতো লোকেঽস্মিন্ সমুদ্রস্যেব শোষণম্। নির্জয়স্তব বিপ্রাগ্র্য ! সাত্বতেনার্জ্জুনেন চ।
তথৈব ভীমসেনেন লোকঃ সংবদতে ভৃশম্।।৬।
কথং দ্রোণো জিতঃ সংখ্যে ধনুর্ব্বেদস্য পারগঃ। ইত্যেবং ব্রুবতে যোধা অশ্রদ্ধেয়মিদং তব।।৭।
নাশ এব তু মে নূনং মন্দভাগ্যস্য সংযুগে। যত্র ত্বাং পুরুষব্যাঘ্রমতিক্রান্তাস্ত্রয়ো রথাঃ।।৮।
এবং গতে তু কৃত্যেঽস্মিন্ ব্রূহি যত্তে মনোগতম্। যদ্গতং গতমেবেহ শেষং চিন্তয় মানদ।।৯।
যৎ কৃত্যং সিন্ধুরাজস্য প্রাপ্তকালমরিন্দম। তদ্ব্রবীতু ভবান্ ক্ষিপ্রং সাধু তৎ সংবিধীয়তাম্।।১০।

## দ্রোণ উবাচ।

চিন্ত্যং বহুবিধং রাজন্ ! কৃত্যং যত্তু মে শৃণু। ত্রয়ো হি সমতিক্রান্তাঃ পাণ্ডবানাং মহারথাঃ।।১১।
যাবদেব ভয়ং পশ্চাত্তাবদেব ভয়ং পুরঃ। তদ্গরীয়স্তরং মন্যে যত্র কৃষ্ণধনঞ্জয়ৌ।।১২।

---

অহুম্সে কনা অমতগী মথুত্তা মায়থীবা কংদনা, ঐখোয়গী লাম্মী মপৈসিবু নমখায়হ্রুনা জয়দ্রথগী নাক্তা থুংগ্রে। হৌজিক্ য়াম্না কন্না লাপ্তাও অমা হৌগ্রে ॥৩-৪॥ অচৌ অশাংবু মীশক্ থগুনা সন্মান তৌবিহৈব গুরু। অর্জ্জুননা গুরুদেবদগী লাম্থোকখিদ্রুনা, গুরুদেববু মায়থীবা পীরমহ্রুনা চঙখিবদা ঐ করিস্থু হায়জদে, হৈব কন্বা হেন্থিবদগীনি। অদুগা সাত্যকি—ভীমগুম্বনস্থু গুরুদেববু জয় তৌরমহ্রুনা চঙশিল্হল্লকলিবসিদি করিগীনো ! ॥৫॥ ব্রাহ্মণ অখোইব গুরুদেব ! অর্জ্জুননা, সাত্যকিনা অদুগা ভীমনা তোঙাল্ তোঙাল্ লাক্তুনা গুরুদেববু মায়থীবা পীরম্লে হায়বসে তাবদা সমুদ্রগী ঈশিং লোইনা কংখ্রে হায়গুম্ তায়। অস্থুম্না হৌজিক্ লাম্মী পুম্বনা ঙাওনরি ॥৬॥ "ধনুর্ব্বেদগী আচার্য্য দ্রোণন করিগী কয়া মায়থীবা ফংখ্রিবনো!" হায়বসি লাম্মী খুদিংনা হৌজিক চপ্ মান্নবা ঙাঙনখ্রবনি ॥৭॥ গুরুদেব ! ঐমুক লাইবক্ থীব লৈখ্রে। মরুফংনা মাঙবা হায়বদো শোয়দ্রবনি। মসিগী প্রমাণ হায়ববু জগৎকী মনুংদা হৌজিকী মতমদা লান্দা খ্বাইদগী অখোইবা ওইরবা গুরুদেবনা মীশক্ অহুম্ অসিনা জয় তৌহন্খিদ্রুনা চৎহনখিবসে মসিমরুনি ॥৮॥ মসি গুরুদেবনা খঙ্না খঙ্না হায়বদি তৌহনগে হায়না খন্বিহ্রুনা তৌহন্খ্রিবরা ? অদু ওইরবস্থু থাঙ্গেশেংনা তাকপিয়ু। অদুগা মখোয় মখোয়গুম্বনা থাঙ্গে শেংনা গুরুদেবদগী কনধহৈবা হেনখিহ্রুনা থৌদোক অসি থোকখ্রবস্থু করে; থোকখ্রব অদুদি থোকখ্রসনু। মতুংসিদা করি তৌগদগে হায়বহু খন্থবিরো ॥৯॥ য়েরবা ওম্বা গুরুদেব ! হৌজিক জয়দ্রথনা তৌগদবসি করিনো ? মহাক্না হৌজিক করি তৌকম্ থোকপগে ? গুরুদেবনা মাগী করি তৌবিনি ? মাসি থুনা খুম্বিয়ু। তৌগদব থবক থুনা পায়থৎপিয়ু ॥১০॥ দ্রোণনা হায়:—নিংথৌ ! দুর্য্যোধন ! মতম্ অসিদা তৌগদবা থবক পুম্বা তাও, ঐ হায়গে। পাণ্ডবপক্ষগী মনুংদা হায়রিবা মীশক অহুম অসিদি, চুম্মি, ঐখোয়দগী লাম্থোক্তুনা চঙখ্রে ॥১১॥ কোম্ন থোরক্রা হায়না শক্লম্বা অকিবথুদোংথীবদো হান্ন থোকখ্রে, করে। অদুগা হৌজিক লুরিবক্তু কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা অনীনা পুল্লপ্প লৈরিবা মফম্ অসে, অসিদা করিগুম্বা

সা পুরস্তাচ্চ পশ্চাচ্চ গৃহীতা ভারতী চমূঃ। তত্র কৃত্যতমং মন্যে সৈন্ধবস্যাভিরক্ষণম্ ॥১৩॥
স নো রক্ষ্যতমস্তাত! ক্রুদ্ধাদ্ভীতো ধনঞ্জয়াৎ। গতৌ হি সৈন্ধবং বীরৌ যুযুধানবৃকোদরৌ ॥১৪॥
সংপ্রাপ্তং তদিদং দ্যূতং যত্তচ্ছকুনিবুদ্ধিজম্। ন সভায়াং জয়ো বৃত্তো নাপি তত্র পরাজয়ঃ।
ইহ নো গ্লহমানানামদ্য তাত! জয়াজয়ৌ ॥১৫॥
যান্ স্ম তান্ গ্লহতে ঘোরান্ শকুনিঃ কুরুসংসদি। ন তেঽক্ষা নিশিতা ঘোরাঃ শরা যুধি তনুচ্ছিদঃ।
যত্র তে বহবস্তাত! কুরবঃ পর্য্যবস্থিতাঃ ॥১৬॥
সেনাং দুরোদরং বিদ্ধি শরানক্ষান্ বিশাংপতে।। গ্লহঞ্চ সৈন্ধবং রাজন্নত্র দ্যূতস্য নিশ্চয়ঃ ॥১৭॥
সৈন্ধবে হি মহদ্দ্যূতং সমাসক্তং পরৈঃ সহ। অত্র সর্ব্বে মহারাজ! ত্যক্ত্বা জীবিতমাত্মনঃ ॥১৮॥
সৈন্ধবস্য রণে রক্ষাং বিধিবৎ কর্ত্তুমর্হথ। তত্র নো গ্লহমানানাং ধ্রুবং জয়পরাজয়ৌ ॥১৯॥

(যুগ্মকম্)

---

অভকপা খুদোংথীবা থোদোক থোক্লগদ্রা হায়না থল্লি ॥১২॥ হৌজিক নংগী কৌরব তেঙ্গোল অসে, নীঙ-মাঙ অনীমক্ত চপতুনা থম্ব্রে। অদুনা মরম্ অসিদা তৌগদবদি জয়দ্রথতবু কন্নবা হোৎনবা অসিতনি ॥১৩॥ ঈবুঙো! দুর্য্যোধন! থোইনা শাউথ্রবা অর্জ্জুনগী মথুক্তগী জয়দ্রথবু কনবা অসিতনা ঐথোয়গী অথোইবা ঈথৌ ওইরে। অসিগী মথক্ত ভীমগা কন্নবা সাত্যকিগা অনীমু জয়দ্রথতয়া চঙশিনখ্রি ॥১৪॥ ঈবুঙো! থোক্লিবা থোদোকশিংসে মখোয়না কনবা হেনখিবদগী ঙাকশু নত্রি; চৌবর হৈব শকুনি অদো মাগী চৌবরগী বিদ্যাগী মহৈনি। অদুনা দুর্য্যোধন! চৌবর অদুদা কনানা থোইখিবা, কনানা পোখিবা হৌজিক ফাওবা থঙদ্রিবনি। অদুনা অমুক লালগী শক্লোল পুরবা চৌবর অদু ঙসিকাওবা শান্নরি। অদুনা অদুভৈদগী শান্নরক্লিবা চৌবর অসিদা কনানা থোইবা কনানা পোবা ঙসি খঙগদৌরি ॥১৫॥ ঈবুঙো, দুর্য্যোধন! অদুভৈগী চৌবরসভাদা লৈরম্বা কৌরবশিং অদো, অদুগা শকুনিনা ছনখিবা চৌবরমরূশিং অদো, থাঙ্গৈশেংবা কৌরব অমদি চৌবর মরূ অমত য়াওখিদে। চৌবর মরূশিং অদো নংনা চৌবরমরূ ওইনা উরম্বদিয়াই মাদো চৌবর মরূ অমত নত্তে, দুর্য্যোধন! নখোয়গী শরূশয়াং লোইনা থিনগাই শেগায়নবা তেল মক্তনি ॥১৬॥ নিংথৌ! হৌজিকসু লালকম্ অসে অদুভৈগী চৌবর লাইযুম অদুনি, লাম্নীশিং অসিনা মথ্‌ৱাই মথ্‌ৱাইবু পোম্বা তৌদুনা শান্নরি। তেলশিং অসিনা চৌবর মরূমক্ত ওইরি। ঙসি শান্নরিবা চৌবর অসিদা মখোয়গী অরোইবা পোম্বাসি জয়দ্রথনি। হৌজিক ঙহাক্ত মঙায়রে জয়দ্রথ অসি কনানা লোকখিগদগে হায়বদু! নখোয়না লোকচহৌরগা হিংজবা, পাণ্ডবশিংদা কাওথ্রগা খুদক্ত মথ্‌ৱাই মাঙ্‌বা! ॥১৭॥ অদুনা নিংথৌ জয়দ্রথনা শান্নগদৌরিবা তমখিরবা, অকিবগীমশক ওইরবা চৌবর অসে হৌগদবা ঙহাক্ত মঙায়রে। অদুনা নখোয়সু নংগী পোম্বা ওই-দুনা নথ্‌ৱাই পাম্মুদনা জয়দ্রথ অসি লোহৌনবা ননমৃদা পোম্বিবা চৌবর মরূশিং অদো কন্না কন্না

যত্র তে পরমেষ্বাসা যত্তা রক্ষন্তি সৈন্ধবম্ । তত্র যাহি স্বয়ং বীর ! তাংশ্চ রক্ষস্ব রক্ষিণঃ ॥২০॥
ইহৈব হ্যহমাসিষ্যে প্রেষয়িষ্যামি চাপরান্ । নিরোৎস্যামি চ পাঞ্চালান্ সহিতান্ পাণ্ডুসৃঞ্জয়ৈঃ ॥২১॥
ততো দুর্য্যোধনোঽগচ্ছত্তূর্ণমাচার্য্যশাসনাৎ । উদ্যম্যাত্মানমুগ্রায় কর্ম্মণে সপদানুগঃ ॥২২॥
চক্ররক্ষৌ তু পাঞ্চাল্যো যুধামন্যুত্তমৌজসৌ । বাহ্যেন সেনামভ্যেত্য জগ্মতুঃ সব্যসাচিনম্ ।
যৌ তু পূর্ব্বং মহারাজ । বারিতৌ কৃতবর্ম্মণা ॥২৩॥
প্রবিষ্টে হ্যর্জ্জুনে রাজন্ । তব সৈন্যং যুযুৎসয়া । পার্শ্বে ভিত্ত্বা চমূং বীরৌ প্রবিষ্টৌ তব বাহিনীম্ ॥২৪॥
তাভ্যাং দুর্য্যোধনঃ সার্দ্ধমকরোদ্‌যুদ্ধমুত্তমম্ । ত্বরিতস্ত্বরমাণাভ্যাং ভ্রাতৃভ্যাং ভারতো বলী ॥২৫॥
তাবভ্যদ্রবতামেনমুভাবুদ্যতকার্ম্মুকৌ । মহারথৌ মহাবেগৌ ক্ষত্রিয়প্রবরৌ যুধি ॥২৬॥
তমবিধ্যদ্‌যুধামন্যুস্ত্রিংশতা কঙ্কপত্রিভিঃ । বিংশত্যা সারথিঞ্চাস্য চতুর্ভিশ্চতুরো হয়ান্ ॥২৭॥
দুর্য্যোধনো যুধামন্যোর্ধ্বজমেকেষুণাচ্ছিনৎ । একেন কার্ম্মুকঞ্চাস্য চকর্ত্ত তনয়স্তব ॥২৮॥

---

লংশিলহৌ । অসুম্না শান্নরবদি ঙসিগী চৌবর অসিদা ফংবা জয় নত্রগা পরাজয় অদুদি অা-তুংকোইনা লৈহৌরগনি ॥১৮-১৯॥ অদুনা অকনবা ! অকনবা রথীশিংনা জয়দ্রথবু অর্জ্জুনগীমথুত্তগী কন্নবা কন্ন হোৎনরিবসে, অসিদা নহাকস্থ য়াওরু । মকম্ অসিদা য়ৌরগা নশাবুস্থ জয়দ্রথবুস্থ, জয়দ্রথবু কনগে হোৎনরিবশিং অসিবুস্থ কন্ননবা হৌরু ॥২০॥ "অদুগা ঐদি অসিদস্থম্ লৈহৌগে । নখোয়গী নতেং পাংননবগী দমক্ মরক্ মরক্ত লান্মী থাজিল্লক্নি । অদুগা মকম অসিদ চঙঙকপা পাণ্ডবশিং অমদি সৃঞ্জয়শিংগা কন্ন থেংনগনি" ॥২১॥ দ্রোণগী য়াথং তাবদা দুর্য্যোধন অসি তুমিন্ন মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা থুনায়াঙনা চৎখি ॥২২॥ মহারাজ ! অসোমদা, কৃতবর্ম্মানা থিংদুনা থনম্বা, অর্জ্জুনগী ভাকলৌ-ওইনা লৈরম্বা পাঞ্চালদেশগী যুধামন্যু অমদি উত্তমৌজানা মাগী মাগী লান্মীশিং লোয়ননা কৌরব লান্মীশিংগী মাঙমক্তদা মখোয়দগী লান্থোরক্তুনা অর্জ্জুননা লৈরিবা মায়গৈ অদোমদা চঙশিনখি ॥২৩॥ মহারাজ ! অর্জ্জুননা কৌরবলান্মী মরক্ত চঙশিল্লকপা মতমসিদা যুধামন্যু উত্তমৌজা অনীস্থ কৌরবলান্মী মপৈঅদু মরক থায়দুনা লালকম ময়ায়দা চঙশিল্লকই ॥২৪॥ মতমঅসিদা ভারত পুম্বগী মবুঙো ওইরবা নচাঈবুঙো দুর্য্যোধননা পাঞ্চালগী মচীন্মনাও অনীসিগা য়ান্না কন্না থেংনখি ॥২৫॥ অদুদগী কল্লবা মচীন্মনাও অনী অসিস্থ মাগী মাগী খুৎলায় শেমশাদুনা দুর্য্যোধনতয়া চঙশিল্লকই ॥২৬॥ অদুগী তুংদা যুধামন্যুনা থৌরবা তেনকুনথ্‌‌ানা দুর্য্যোধনদা থারগা কুন্না মাগী সারথিদা থাখি । অদুগা তেল মরিনা দুর্য্যোধনগী রথগী শগোলমরিদা থাখি ॥২৭॥ মহারাজ ! নচাঈবুঙো দুর্য্যোধননা থৌরবা তেনঅমনা যুধামন্যুগী ফিরালঅদু ককথত্তুনা থাদখি । তেনঅমমুক কাপশিল্লক্তুনা মাগী লীরুং অদুবুস্থ ককখি ॥২৮॥ অদুদগী তামচিন শাবা তেন অমনা যুধামন্যুগী সারথি অদু রথমথক্তগী লৈমায়থক্ত হাইথহনখি । অদুদগী তেলমরিন শগোলমরিদা থীনা থাখি ॥২৯॥ অদুদগীদি যুধামন্যু অসি থোইদোক্না শাউখিদুনা দুর্য্যোধনগী থবাক্ত তেন কুন্থ্‌ানা থুন্না থাখি ॥৩০॥ অদুদগীদি উত্তমৌজাস্থ য়ান্না শাউখিদুনা সনাহৎলবা

সারথিঞ্চাস্য ভল্লেন রথনীড়াদপাতয়ৎ। ততোঽবিধ্যচ্ছরৈস্তীক্ষ্ণৈশ্চতুর্ভিশ্চতুরো হয়ান্ ॥২৯॥
যুধামন্যুস্তু সংক্রুদ্ধঃ শরাংস্ত্রিংশতমাহবে। ব্যসৃজত্তব পুত্রস্য ত্বরমাণঃ স্তনান্তরে ॥৩০॥
তথোত্তমৌজাঃ সংক্রুদ্ধঃ শরৈর্হেমবিভূষিতৈঃ। অবিধ্যৎ সারথিঞ্চাস্য প্রাহিণোদ্‌যমসাদনম্ ॥৩১॥
দুর্য্যোধনোঽপি রাজেন্দ্র! পাঞ্চাল্যস্যোত্তমৌজসঃ। জঘান চতুরোঽশ্বাংস্তু তথোভৌ পার্ষ্ণিসারথী ॥৩২॥
উত্তমৌজা হতাশ্বস্তু হতসূতশ্চ সংযুগে। আরুরোহ রথং ভ্রাতুর্যুধামন্যোরভিত্বরন্ ॥৩৩॥
স রথং প্রাপ্য তং ভ্রাতুর্দুর্য্যোধনহয়ান্ শরৈঃ। বহ্বভিস্তাড়য়ামাস তে হয়াঃ প্রাপতন্ ভুবি ॥৩৪॥
হয়েষু পতিতেষ্বস্য চিচ্ছেদ পরমেষুণা। যুধামন্যুর্ধনুঃ শীঘ্রং শরাবাপঞ্চ সংযুগে ॥৩৫॥
হতাশ্বসূতাৎ স রথাদবপ্লুত্য নরর্ষভঃ। গদামাদায় তে পুত্রঃ পাঞ্চাল্যাবভ্যধাবত ॥৩৬॥
তমাপতন্তং সংপ্রেক্ষ্য ক্রুদ্ধং পরপুরঞ্জয়ম্। অবপ্লুতৌ রথোপস্থাদ্‌যুধামন্যূত্তমৌজসৌ ॥৩৭॥
ততঃ স হেমচিত্রাঙ্গং স্যন্দনপ্রবরং বলী। গদয়া পোথয়ামাস সাশ্বসূতধ্বজং রণে ॥৩৮॥
ভঙ্‌ক্ত্বা রথং স পুত্রস্তে হতাশ্বো হতসারথিঃ। মদ্ররাজরথং তূর্ণমারুরোহ পরন্তপঃ ॥৩৯॥
পাঞ্চালানান্তু মুখ্যৌ তৌ রাজপুত্রৌ মহাবলৌ। রথাবন্যৌ সমারুহ্য বীভৎসুমভিজগ্মতুঃ ॥৪০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি
জয়দ্রথবধে দুর্য্যোধনযুদ্ধে ত্রয়োদশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।০।

---

থৌরবা তেল অমনা দুর্য্যোধনগী সারথিদা থাখি, অদুদগী তেল মরি অমনা মাগী শগোল মরিবু হাৎখি ॥৩১॥ নিংথৌ অথোইবা! দুর্য্যোধননসু উত্তমৌজাগী শগোল মরিগী, সারথিগী শৈশিল অনীগী খুদক্ত মথ্বাই লৌখি ॥৩২॥ শগোলগা সারথিগা য়াওদ্রবা উত্তমৌজা অসি থুনা য়াঙনা তৌদুনা যুধামন্যুগী রথ মথক্তা চোংথৎখি ॥৩৩॥ যুধামন্যুগী রথ মথক্তা লৈনা লৈনা তেলমনম্ মনম্ কাপশিল্লক্তুনা মহাক্না দুর্য্যোধনগী শগোলমরিবু মথ্বাই লৌখি ॥৩৪॥ দুর্য্যোধনগী শগোলমরিনা হেক তুখিবগা, যুধামন্যুনা মাগী লীরুংবু অদুগা খুথাঙবু মতম অমতদা ককথৎখি ॥৩৫॥ মহারাজ! সারথি অমদি শগোল শিপ্রবদা দুর্য্যোধন অসি মাগী রথমথক্তগী কল্ হেক্ চোংথদুনা গদা অমপায়থত্তুনা উত্তমৌজা যুধামন্যু অনী তম্না পাইশিল্লকই ॥৩৬॥ য়েক্লবা ঙম্গনবা দুর্য্যোধন চেলশিল্লকপসি উবদা যুধামন্যু উত্তমৌজা অনীসু মতম অমতদা রথমথক্তগী চোংথরকই। ॥৩৭॥ মতম অদুদা দুর্য্যোধননা চেনশিনখিদুনা মচীম্নাও অনীসিগী রথ, সারথি, শগোল কিয়াল লোইনা গদা অদুনা হাইগাইদুনা উফুল তানা থুদেকখি ॥৩৮॥ শগোলসু রথসু লৈত্রবা দুর্য্যোধন অসিনা পাঞ্চালশিংগী রথবু থুগাইরম্লগা শল্যগী রথমথক্ত চোংখৎখি ॥৩৯॥ অদুদগীদি পাঞ্চালনিংথৌগীমচা অকনবা যুধামন্যু উত্তমৌজা হায়বা মচীনমনাও অনীসি অতোপ্প রথঅমমমদা তোংথত্তুনা অর্জ্জুননা লৈরিবা অদোমদা চঙশিনখি ॥৪০॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মমুংদা দুর্য্যোধনপ্রবেশগী চামতরাহুমদোইগুবা অধ্যায় লোইরে॥

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুৰ্দ্দশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামগতরামরিশুবা অধ্যায়

( ভীমনা লাঞ্জংবা কর্ণনা মায়থীবা )

### সঞ্জয় উবাচ।

বৰ্ত্তমানে মহারাজ! সংগ্রামে লোমহর্ষণে। ব্যাকুলেষু চ সৈন্যেষু পীড্যমানেষু সংঘশঃ ॥১॥
রাধেয়ো ভীমমানচ্ছর্ যুদ্ধায় ভরতর্ষভ!। যথা নাগো বনে নাগং মত্তো মত্তমভিদ্রবন্ ॥২॥
( যুগ্মকম্ )

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ

উভৌ ভীমশ্চ কর্ণশ্চ সম্প্রযুদ্ধৌ মহাবলৌ। অর্জ্জুনস্য রথোপান্তে কীদৃশঃ সোঽভবদ্রণঃ ॥৩॥
পূর্ব্বং হি নির্জ্জিতঃ কর্ণো ভীমসেনেন সংযুগে। কথং ভূয়ঃ স রাধেয়ো ভীমমাগান্মহারথঃ ॥৪॥
ভীমো বা সূতনয়ং প্রত্যুদ্যাতঃ কথং রণে। মহারথং সমাখ্যাতং পৃথিব্যাং প্রবরং রথম্ ॥৫॥
ভীষ্মদ্রোণাবতিক্রম্য ধৰ্ম্মপুত্ৰো যুধিষ্ঠিরঃ। নান্যতো ভয়মাদত্ত বিনা কর্ণং ধনুর্দ্ধরম্ ॥৬॥
ভয়াদ্যস্য মহাবাহোর্ন শেতে বহুলাঃ সমাঃ। চিন্তয়ন্ নিত্যশো বীর্য্যং রাধেয়স্য মহাত্মনঃ।
তং কথং সূতপুত্ৰস্ত ভীমোঽযোধয়তাহবে ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—ভরতশাগেগী অথোইবা মহারাজ! তুজুংবপোক্‌হল্লবা লাঞ্জাও অসিনা অম্লম চথরক্লবদা, কৌরবশিং অসি মপৈ-মপৈ চোম্‌লপ্-চোম্‌লপ্ তুক্কতুক্কাই চন্দুনা লৈনখি। মত্তম অসিদা ময়ায় কারবা মচুম্ তারবা শামু লমশা অমনা অতোপ্প মমাল্লবা শামু অমদা ফুজিনখিবগুম্‌না কর্ণ অসি ভীমতম্না চেনশিল্লক্তুনা ভীমবু নৈব হৌরকলে ॥১—২॥। ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! মহাবীর ভীমসেনগা লান্দা হৈরবা কর্ণগা অনীনা মুখামুখী ওইনা শোক্লখিবা লাল্ অদু করম্ তৌখি লীখৌ ॥৩॥ কর্ণ হায়বসিদি অহান্‌বদা অমুক্ ভীমগী মথুত্তা পরাজয় ফংগ্রবনি। অদুগা মানা করম্না অমুক্ ভীমলোম্‌দ চঙ্‌শিল্লু্রিবনো? ॥৪॥ ভীমসেনস্ম পৃথিবীসিদা হৌজিক্কী মতমদা খ্‌বাইদগী কনবা মহারথী অমনি হায়না মমীং চত্তুনা লৈরিবনি। অদুগা থাজৈশেংনা রথী অথোইবা অম ওইনা কাওরবা কর্ণনস্থ করি করম্না মঙোনদা চঙশিল্লুরি? ॥৫॥ মরম্‌দি কর্ণ হায়বসি কয়াগী মতিক্ কন্‌বগে হায়ববু ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠিরমক্তা ভীম-দ্রোণ মকপু হায়া শীংথানদনা কর্ণবু হায়া শীওথাখি। কর্ণ নত্তনা কনা অমতবু যুধিষ্ঠিরনা খোইনা কিক্কবা চিংনক্কবা লৈতে ॥৬॥ কন্নবা, মী অমনা লাক্‌চবা রাজ্রবা মহাবীর কর্ণগী মপাজন

ব্রহ্মণ্যং বীর্য্যসম্পন্নং সমরেষ্বনিবর্ত্তিনম্। কথং কর্ণং যুধাং শ্রেষ্ঠং ভীমোঽযুধ্যত সঞ্জয়। ॥৮॥
যৌ তৌ সমীয়তুর্বীরাবর্জ্জুনস্য রথং প্রতি। কথং নু তাবধুধ্যেতাং সূতপুত্রবৃকোদরৌ ॥৯॥
ভ্রাতৃত্বং দর্শিতং পূর্ব্বং ঘৃণী চাপি স সূতজঃ। কথং ভীমেন যুযুধে কুন্ত্যা বাক্যমনুস্মরন্ ॥১০॥
ভীমো বা সূতপুত্রেণ স্মরন্ বৈরং পুরা কৃতম্। সোঽযুধ্যত কথং বীরঃ কর্ণেন সহ সংযুগে ॥১১॥
আশাস্তে চ সদা সূত। পুত্রো দুর্য্যোধনো মম। কর্ণো জেষ্যতি সংগ্রামে সহিতান্ পাণ্ডুনন্দনান্ ॥১২॥
জয়াশা মম পুত্রস্য যত্র মন্দস্য সংযুগে। স কথং ভীমকর্ম্মাণং ভীমসেনমযুধ্যত ॥১৩॥
যং সমাশ্রিত্য পুত্রো মেঽকরোদ্বৈরং মহারথৈঃ। তং সূততনয়ং তাত। কথং ভীমো হ্যযুধ্যত ॥১৪॥
অনেকান্ বিপ্রকারাংশ্চ সূতপুত্রসমুদ্ভবান্। স্মরমাণঃ কথং ভীমো যুযুধে সূতসূনুনা ॥১৫॥

মখোনা অমদি বিদ্যা থল্লুবদা যুধিষ্ঠিরনা নুমিৎ কয়ানিমক্লম্ তুম্বা চঙ্খিদে হায়নৈ। অদুগুম্বা কর্ণগা লাম্বা ওইদুনা ভীমদি করম্না থেংনখি? ॥৭॥ সঞ্জয়। বেদবিধিগী মতুংইন্না দানধর্ম্ম যজ্ঞনচিংবা তৌপ্রবা, লান্দা হন্দবা, মতীকমগুণ মপাঙ্গল চাউবা, লান্মী অথোইবা, পোকৃতৈদগী লালগী ফিজোল্ য়াওরক্লবা কর্ণ মাগদি ভীমনা করম্না থেংনখি? ॥৮॥ অর্জ্জুনগী নাক্ত চঙশিনখি হায়রিবা কর্ণ-ভীম অনীসনা করম্না মরক্ অদুদা অমুক্ থেংনখিবা? ॥৯॥ মাসিগী মথক্ত সঞ্জয়। কর্ণ হায়বসি অহান্‌বদা মচীনমনাওবু নুংশিবগী প্রেম অদু উৎপ্রবনি। অদুগা মশামকৃস্ু পোকতৈদগী দানহৈবা-থৌজালহৈবা মীশক অমা ওইনা লাক্লি। অদুগা মাদি মতম্ অয়াম্বদা কুন্তীনা হায়খিবা রা অদু নীঙশিংদুনা মরৈরিবনি। অদুনদি, করম্না মহাক্না থঙন-থঙ্না ভীমগা লাম্বা ওইদুনা থেংনখিবনো? ॥১০॥ অদুগা ভীমসেন মহাক্মকস্ু হান্ন লৈনখিবা শক্রুতা অদু নীঙ্শিঙগুক্না কর্ণগা করম্না লাম্থেংনখিবা? ॥১১॥ সারথি! রারি লীবা! সঞ্জয়! ঐগী ঈচা দুর্য্যোধনমকস্ু "কর্ণ লৈরিকো, জয় ওইগনি" হায়বা আশাদগীস্ু মহাক্না পাণ্ডবশিংগা শোক্লবসি হৌজিক্ কাওবা লেপ্ত্রিবনি ॥১২॥ ঈচা পঙ্লবা দুর্য্যোধন হায়বসিনা মাগী মথক্তা আশা পুম্বা থম্দুনা জয় ওইখিগনি খল্লিবা অদুগুম্বা কল্লবা কর্ণগা ভীমগদি করম্ পানখি? ॥১৩॥

হায়ুনে সঞ্জয় নহাক্পু —
মহাক্ লৈরিকো হায়দুনা, ঈচা দুর্য্যোধন অসিনা
পাণ্ডবশিংগা শীঙনক্লরিবা, কল্লবা কর্ণ মহাকদি
তেলগী লান্দা থোইনা হৈত্রিবা
ভীমসেন মহাক্না করম্ শোক্লখি? ॥১৪॥

চৌবম সভা ময়ামদা, অদুদৈ কর্ণনা পীনা হায়খিবা
মাদু পুম্বা নীঙশিঙগুক্না

যো জাতঃ কুণ্ডলাভ্যাঞ্চ কবচেন সহৈব চ। তং সূতপুত্রং সমরে ভীমঃ কথমযোধয়ৎ ॥১৬॥
যথা তয়োর্যুদ্ধমভূদ্‌যশ্চাসীদ্বিজয়ী তয়োঃ। তন্মমাচক্ষ্ব তত্ত্বেন কুশলো হ্যসি সঞ্জয়। ॥১৭॥

সঞ্জয় উবাচ।

ভীমসেনঃ সমুৎসৃজ্য রাধেয়ং রথিনাং বরম্। ইয়েষ গন্তুং যত্রাস্তাং বীরৌ কৃষ্ণধনঞ্জয়ৌ ॥১৮॥
তং প্রয়ান্তমভিক্রম্য রাধেয়ঃ কঙ্কপত্রিভিঃ। অভ্যবর্ষন্মহারাজ! মেঘো বৃষ্ট্যেব পর্ব্বতম্ ॥১৯॥
ফুল্লতা পঙ্কজেনেব বক্ত্রেণাভ্যুৎস্ময়ন্ বলী। আজুহাব রণে যান্তং ভীমমাধিরথিস্তদা ॥২০॥
ভীমাহিতৈস্তব রণে স্বপ্নেঽপি ন বিভাবিতম্। তদ্দর্শয়সি কস্মান্নঃ পৃষ্ঠং পার্থদিদৃক্ষয়া ॥২১॥
কুন্ত্যাঃ পুত্রস্য সদৃশং নেদং পাণ্ডবনন্দন!। তেন মামভিতঃ স্থিত্বা শরবর্ষৈরবাকির ॥২২॥
ভীমসেনস্তদাহ্বানং কর্ণেনামর্ষয়ন্ যুধি। অর্দ্ধমণ্ডলমাবৃত্য সূতপুত্রমযোধয়ৎ ॥২৩॥

---

ভীমনা করম্বা লাল্লোংদা,
অকন্‌বা কর্ণগা করম্ শোক্কে? ॥১৫॥

পোকপদগী লালফুরিৎ লীৎলকপা
গর্ভদগী কুণ্ডলনাইন্না লৈতেংঙকপা
লালগীদমক্তা পোকলকপগুম্বা
কর্ণ কৌবা মহাক্কা, ভীমনা করম্ থেংনখিবা? ॥১৬॥

"সঞ্জয়! কান্নদে, মখা তাউ। মখোয় অনীগী মাতুগী নুমিৎকী লান্দা কনানা জয় কনানা পরাজয়—মাতু লীথৌ। নহাকৃতি লালগী রারী লীবসি য়াম্না হৈহ্রে" ॥১৭॥ সঞ্জয়না হায়:—মহারাজ! ভীমসেন অসি কর্ণবু থাদোক্লমতুনা নত্রগা মণ্ডোন্দগী লাম্হোক্‌খিতুনা কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা লৈরিবা মফম্ অদুদা থুনা য়াঙনা য়ৌরগে হায়না খল্লকলে ॥১৮॥ মহারাজ! ভীমনা অসিগুম্বা আশাদা চৎখিগে তৌরকপদা, পাকচাউরবা নোং মতুম্ অমনা চীঙমায়দা চুথরকপদুগুম্না, কর্ণনা মশীং লাকৃওম্‌দবা তেল মপে মপৈশু ভীমগী মথক্তা হৈথখি ॥১৯॥ মতম্ অদুদা ভীমনা কর্ণগী তেল ময়াম্ অদুনা পানবদুদা করিমতা নাচুংবিদনা, নোংমরক্তা ঈচোৎ চোৎনা চেনখিবগুম্না লাল্লক্তা চেন্‌শিন্‌খিবদু উবদা, মোমোন নোকপা মায়থোংগা লোয়ননা ভীমদা কর্ণনা অম্নুম্না লাউদুনা শীংনরকই ॥২০॥

কর্ণনা লাউরকই :—"ভীম! অকন্‌বা! নংনা অম্নুম্ তৌরকনি হায়বসি নংগী য়েক্লবশিংমক্তা মঙ্ কাওবদা উথিদ্রিবা থবকনি, মাসি নংনা ওসি করিগী তৌরি? করিস্থ লৈতবা, অচম্বা, অর্জ্জুন হায়বদুগীদমকপু করিগী নংনা ঐবু তুং ওইননা থনমদুনা চেন্‌খিগে তৌরি! ॥২১॥ পাণ্ডুগী মচা! কুন্তীগী গর্ভদা পোকপা অমনা তৌগদবা থবক অদু তৌরম্‌খোনা। নমাংদা খেংনগে হায়না খল্লিবা ঐবু তেম্না পুম্নকপ কৃপ্ত্না জয় তৌরম্‌খো ॥২২॥ কর্ণগী য়াক্লবা রাহৈশিং অসি তাবদা থাঙবা

অবক্রগামিভির্বাণৈরভ্যবর্ষন্মহাযশাঃ । দংশিতং দ্বৈরথে যান্তং সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ ॥২৪॥
বিধিৎসুঃ কলহস্যান্তং জিঘাংসুঃ কর্ণমাক্ষিণোৎ । তঞ্চ হত্বেতরান্ সর্ব্বান্ হন্তু কামো মহাবলঃ ॥২৫॥
তস্মৈ প্রাস্থজদুগ্রাণি বিবিধানি পরন্তপঃ । অমর্ষী পাণ্ডবঃ ক্রুদ্ধঃ শরবর্ষাণি সংযুগে ॥২৬॥
তস্য তানীষুবর্ষাণি মত্তদ্বিরদগামিনঃ । সূতপুত্রোঽস্ত্রমায়াভির্জগ্রাস সুমহাযশাঃ ॥২৭॥
স যথাবন্মহাবাহুর্বিদ্যয়া বৈ সুপূজিতঃ । আচার্য্যবন্মহেষ্বাসঃ কর্ণঃ পর্য্যচরদ্বলী ॥২৮॥
যুধ্যমানস্তু সংরম্ভাদ্ভীমসেনং হসন্নিব । অভ্যপদ্যত কৌন্তেয়ং কর্ণো রাজন্! বৃকোদরম্ ॥২৯॥
তন্নামৃষ্যত কৌন্তেয়ঃ কর্ণস্য স্মিতমাহবে । যুধ্যমানেষু বীরেষু পশ্যৎসু চ সমন্ততঃ ॥৩০॥
তং ভীমসেনঃ সংপ্রাপ্তং বৎসদন্তৈঃ স্তনান্তরে । বিব্যাধ বলবান্ ক্রুদ্ধস্তোত্ত্রৈরিব মহাদ্বিপম্ ॥৩১॥
পুনশ্চ সূতপুত্রন্তু স্বর্ণপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ সুমুক্তৈশ্চিত্রবর্ম্মাণং নিবিভেদ ত্রিসপ্তভিঃ ॥৩২॥
কর্ণো জাম্বূনদৈর্জালৈঃ সংছন্নান্ বাতরংহসঃ । হয়ান্ বিব্যাধ ভীমস্য পঞ্চভিঃ শরৈঃ ॥৩৩॥
ততো বাণময়ং জালং ভীমসেনরথং প্রতি । কর্ণেন বিহিতং রাজন্! নিমেষার্দ্ধাদদৃশ্যত ॥৩৪॥

---

ঙমদ্রহুন। ভীম অসি মাগী রথবু চাউগোয়কোয়না লৈশিল্হল্লক্কু্না কর্ণগা মায়োক্লনা কল্লা থেংনখি ॥২৩॥ মতম্ অদুদা খুৎসায়পায়বগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা ওইনা শীঙথানরবা, রথীপা রথীপা মুখা মুখী ওইনা শোক্লবগী শিভম্‌দা শেম্‌শারবা কর্ণনা, অর্জ্জুনগী মায়গৈদা চৎকে তৌরম্বা ভীমগী মথক্তা তেন্না নোংচুবগুম্ হৈথরকলে ॥২৪॥ অদুদগীদি ভীমনা কর্ণবু হান্না হাত্তোক্লন্নগা মাগী থোঙলোয় লান্মীশিংবুসু তুম্না হাৎলন্নগে হায়না খন্দুনা অতৎ অথম্ লৈতনা কাপশিল্লক্কুনা কর্ণবু নৈবা তৌরকলে ॥২৫॥ য়েক্লববু অরাবা পীঙম্বা ভীমনা শাউবনা মনা পায়বা য়াত্রবগী মওংদা অকিবা মূর্ত্তি পুথোক্কুনা, থাঙবদা রারবা, আকবগী মশক্ ওইরবা তেন্নচিংবা খুৎলায় মক্তা কর্ণগী মথক্তা অতৎ অথম্ লৈতনা হৈথরকলে ॥২৬॥ মতম অসিদা কল্লবা হৈরবা কর্ণসু শামু শাজৎ মান্‌বা য়েক্লববু নাচুংগনদবা ভীমনা কাপ্লকলবা তেল মপৈ অদু থিংদুনা থম্‌খি ॥২৭॥ মপাম্বোম্ চাউরবা, বিদ্যাদা মী পূম্বনা সন্মান তৌরবা, মহারথী ওইরবা, মথোনা লৈরবা কর্ণনা দ্রোণাচার্য্যগী মতৌ-গুম্না লানফম অদুগী মফম্ খুদিংদা পূম্‌থো য়োনা ভীমগা থেংনবা হোরকলে ॥২৮॥ মহারাজ অশাউবগা লোয়নননা লাম্থেংনরিবা ভীমবু কর্ণনা মোমোন নোক্লা আক্রমন তৌশিল্লক্কুনা লাক্-চগদৌবা মওং অমা তৌরক্লে ॥২৯॥ কর্ণগী মী উশিন্তবা, লালুকমদা নোকপা মওং মতৌ অসি উবদা ভীম অসি লৈব য়ারকত্রে ॥৩০॥

মরম অদুনা ভীমনা হান্নদগী অমুক হেন্না শাউখিদুনা থোরবা শামুকাতীনা মরৈমরা চাউরবা শামুগী মকোক্তা থিনবা থাবগুম্না বৎসদন্ত কৌবা তেল অমনা কর্ণগী থজিন্দা থূম্না থাখি ॥৩১॥ অদুদগী অমুক মথোশংলবা সনানা তেনকোক্ পানবা থোরবা তেল কুম্মাথোইনা অঙকপা লালগী ফিজোলশেৎলবা কর্ণদা শাথিনা থাখি ॥৩২॥ মতম অদুদা কর্ণনা সনানা শারা ঈন্-( ইরুকি )না কুপ্লবা, মুংশিৎকী মমাঙ্‌থানা চেনঙম্বা, ভীমগী শগোল মঙীদা তেল

সরথ: সধ্বজস্তত্র সস্থূত: পাণ্ডবস্তদা। প্রাচ্ছাদ্যত মহারাজ! কর্ণচাপচ্যুতৈ: শরৈ: ॥৩৫॥
তস্য কর্ণশ্চতু:ষষ্ট্যা ব্যধমৎ কবচং দৃঢ়ম্। ক্রুদ্ধশ্চাপ্যবধীৎ পার্থং নারাচৈর্মর্ম্মভেদিভি: ॥৩৬॥
ততোঽচিন্ত্য মহাবেগান্ কর্ণকার্ম্মু কনি:সৃতান্। সমাশ্লিষ্যদসংভ্রান্ত: সুতপুত্রং বৃকোদর: ॥৩৭॥
স কর্ণচাপপ্রভবানিষূনাশীবিষোপমান্। বিভ্রদ্ভীমো মহারাজ! ন জগাম ব্যথাং রণে ॥৩৮॥
ততো দ্বাত্রিংশতা ভল্লৈর্নিশিতৈস্তিগ্মতেজনৈ:। বিব্যাধ সমরে কর্ণং ভীমসেন: প্রতাপবান্ ॥৩৯॥
অযত্নেনৈব তং কর্ণ: শরৈর্ভৃশমবাকিরৎ। ভীমসেনং মহাবাহুং সৈন্ধবস্য বধৈষিণম্ ॥৪০॥
মৃদুপূর্বঞ্চ রাধেয়ো ভীমমাজাবযোধয়ৎ। ক্রোধপুর্ব্বং তথা ভীম: পূর্ব্ববৈরমনুস্মরন্ ॥৪১॥
তং ভীমসেনো নামৃষ্যদবমানমমর্ষণ:। স তস্মৈ ব্যসৃজত্তূর্ণং শরবর্ষমমিত্রহা ॥৪২॥
তে শরা: প্রেষিতাস্তেন ভীমসেনেন সংযুগে। নিপেতু: সর্ব্বতো বীরে কূজন্ত ইব পক্ষিণ: ॥৪৩॥
হেমপুঙ্খা: প্রসন্নাগ্রা ভীমসেনধনুশ্চ্যুতা:। প্রাচ্ছাদয়ংস্তে রাধেয়ং শলভা ইব পাবকম্ ॥৪৪॥
কর্ণস্তু রথিনাং শ্রেষ্ঠশ্ছাদ্যমান: সমন্তত:। রাজন্! ব্যসৃজদুগ্রাণি শরবর্ষাণি সংযুগে ॥৪৫॥

---

মঙা-মঙানা থাখি ॥৩৩॥ অদুগী তুদা, মহারাজ! ভীমগী রথ মপূম্ অদু মীকুপ অমগী মনুংদা তেল্‌তগী লাংনা কুপ্‌শিনখ্রে ॥৩৪॥ মহারাজ! অদুদগীদি কর্ণগী লীকুংদগী পাইথোরকপা তেল্‌শিং অদুনা রথ, ফিরাল্, সারথিগালোয়ননা ভীমবু পূময়োম্ য়োমখ্রে ॥৩৫॥ মতম্ অদুদা অমুকসু থোইনা শাউগ্রবা কর্ণনা থোরবা তেল্ হুক্‌ফুমরিনা ভীমগী কল্লবা লাল্ ফুরিৎ অদুদা থাখি। অদুদগী অমুক্ থম্মোয় কায়বা য়ারবা য়েত্তূম মচীন্‌শারবা তেল্ময়াম্না ভীমদা শাথিনা চৈনা পীরকলে ॥৩৬॥ অদুনু মহারাজ! কর্ণগী লীকুংদগী পাইথোরকলিবা তেল্‌শিং অদুনা পান্‌বদুদা করিমত নাচুংবিদনা, খোঙকম্ নাম ফাওবা লেঙদনা ভীমনা কর্ণগা কন্না থেংনবা হৌরকলে ॥৩৭॥ মহারাজ! ভীম হায়বা নিপাসে, কর্ণনা কাপ্‌খোরকলবা মহূপুরবা লিল্‌গুম্বা তেল্‌শিং অসিনা পান্‌বদা করিমত রাবিদে নাবিদে। ॥৩৮॥ অদুগী তুংদা মপাম্বোম্ চাউরকল্লবা ভীমসেননা থোইন থোরবা শাফু কল্লবা, তা মচীন্‌শারবা তেল্ কুন্থানিথোইনা কর্ণদা কপ্প থাখি ॥৩৯॥ মতম্ অদুদা পোইনা চেক্‌শিন্‌বা তৌরুদনা কর্ণনা জয়দ্রথহাৎকে খল্লবা, মপাম্বোম্ চাউরবা ভীমবু তেম্না পূময়োম্ য়োম্না থাখি ॥৪০॥ কর্ণনা শোল্লপ্না ভীমগা শোক্লখি। অদুগা ভীমদি মমাংগী শক্রতা অদু নীঙশিংদুনা কন্না থেংনরি ॥৪১॥ মীনা লাক্‌চবা য়াদবা ভীমনা কর্ণনা উশিন্তুনা তৌরিবদু য়েংদুনা লৈবা ঙম্মক্ত্রে। অদুদগীদি ভীমনা অতৎ অথম্ লৈতনা কাপ্‌শিল্লক্লূনা কর্ণবু তেম্না পূময়োম্‌য়োম্‌হন্‌খ্রে ॥৪২॥ মায়কৈমরি ওন্দুনা কাপ্লকপা তেল্‌শিং অদুনা নোংমদোন্ কুপ্না পাইশিল্লকপা উচেক্‌শিংগী মতৌঙম্না পাইশিল্লক্লূনা কর্ণগী মশা থূম্ন থূম্না চঙশিল্লরে ॥৪৩॥ মৈয়ানবী, কোক্কেং-হায়ো মপৈনা মৈবু কুপ্‌শিন্‌বগুম্না ভীমগী লীকুংদগী পাইথোরকপা মশিংলাক্কঙমুক্ত্রবা তেল্‌শিং অদুনা

তস্য তানশনিপ্রখ্যানিষূন্ সমরশোভিনঃ। চিচ্ছেদ বহুভির্ভল্লৈরসংপ্রাপ্তান্ বৃকোদরঃ ॥৪৬॥
পুনশ্চ শরবর্ষেণ চ্ছাদয়ামাস ভারত।। কর্ণো বৈকর্ত্তনো যুদ্ধে ভীমসেনমরিন্দমঃ ॥৪৭॥
তত্র ভারত! ভীমস্তু দৃষ্টবস্তঃ স্ম সায়কৈঃ। সমাচিততনুঃ সংখ্যে শ্বাবিধং শললৈরিব ॥৪৮॥
হেমপুঙ্খান্ শিলাধৌতান্ কর্ণচাপচ্যুতান্ শরান্। দধার সমরে বীরঃ স্বরশ্মীনিব রশ্মিবান্ ॥৪৯॥
রুধিরোক্ষিতসর্ব্বাঙ্গো ভীমসেনো ব্যরোচত। সমৃদ্ধকুসুমাপীডো বসন্তেঽশোকবৃক্ষবৎ ॥৫০॥
তত্তু ভীমো মহাবাহোঃ কর্ণস্য চরিতং রণে। নামৃষ্যত মহাবাহুঃ ক্রোধাদুদ্বৃত্তলোচনঃ ॥৫১॥
স কর্ণং পঞ্চবিংশত্যা নারাচানাং সমার্পয়ৎ। মহীধরমিব শ্বেতং গূঢ়পাদৈর্বিষোল্বণৈঃ ॥৫২॥
তং বিব্যাধ পুনর্ভীমঃ ষড়্ভিরষ্টাভিরেব চ। মর্ম্মস্বমরবিক্রান্তঃ সূতপুত্রং মহারণে ॥৫৩॥
পুনরন্যেন বাণেন ভীমসেনঃ প্রতাপবান্। চিচ্ছেদ কার্ম্মুকং তূর্ণং কর্ণস্য প্রহসন্নিব ॥৫৪॥
জঘান ত্বরিতশ্চাশ্বান্ সূতঞ্চ বহুভিঃ শরৈঃ। নারাচৈরর্করশ্ম্যাভৈঃ কর্ণং বিব্যাধ চোরসি ॥৫৫॥
তে জগ্মুর্ধরণীং সর্বে কর্ণং নির্ভিদ্য মারিষ।। যথা হি জলদং ভিত্ত্বা রাজন্। সূর্য্যস্য রশ্ময়ঃ ॥৫৬॥

---

কর্ণবু পূম্‌কূপ্ কূপ্‌খ্রে ॥৪৪॥ মহারাজ! অদুদগীদি কর্ণনু অকিবগী মশক্ ফংনা থোরবা তেল্‌মক্তা ভীমগী মথক্ত হৈথবা হৌরক্‌লে ॥৪৫॥

লাম্ন মশিঙ্গাং অমাদ লৈতেং ওইনা পোক্লবা কর্ণনা কাপ্‌ল্‌কপা বজ্রগা মান্নরবা তেলশিং অদুবু লম্মখাওদা ভীমনা কক্-কক্তুনা থাদাখ ॥৪৬॥ মহারাজ! অদুদগীদি অমুক্ কর্ণনা ভীমবু তেক্তনা পূময়োম্ অমুক্ য়োমদুনা থম্‌খ্রে ॥৪৭॥ মহারাজ! অদুদগীদি ভীমগী মশা অসি শবোগী মতৌগুম্ তেন্না চপ্ চপ্ য়ুংদুনা লৈখ্রে ॥৪৮॥ নুমিৎনা মাগী মশীং লাকৃওম্‌দ্রবা মশেক্ মঙালগী মপৈ পুবগুম্ ভীমনা কর্ণগী তেল্‌শিং অদুবু ঈরায় লায়না পুদুন মশাগী লৈতেং অমদুম্ ওইখি ॥৪৯॥ মতম অসিদা ভীমগী মশা পুম্নমক ঈনা পূম্‌লূপ্ লূপ্‌খ্রে। মতম অসিদা ভীম অসি বসন্ত ঋতুগী মপান্ন থন্না শাৎলবা নাউইদোং পাম্বী অমগুম্না থোইনদুম্ নীঙথিজখি ॥৫০॥ মতম অসিদা কর্ণনা থৌওইউশিন্তনা তৌবদু উবদা ভীম অসি তুমিন্না থাওদুনা লৈবা ঙম্মক্‌ত্রে। মমীৎ অনীদু ঈ কাদুনা ঙ্রোং ঙ্রোং ওনখত্তুনা কর্ণদা থানা য়েংঙক্‌ই ॥৫১॥ অদুদগী মহূপুরবা লিম্না কৈলাস চীঙজাওদা চঙশিল্লকপগুম্না মহূপুরব। তেল মপৈ অমা ভীমনা কর্ণ তন্না পাই-শিনহনখি ॥৫২॥ লাইমচাগুম্বা কল্লবা ভীমনা থোরবা তেল তরুক্না অদুদগী নিপান্না নম্ন-নম্না কর্ণগী থজৌন্দা থূম্ন থূম্না থাখি ॥৫৩॥ অদুদগী ভীমসেননা নোক্ত নোক্না থোরবা তেল অমনা কর্ণগী লীরুং অদু ককৃথৎখি ॥৫৪॥ অদুদগী ভীমনা কর্ণগী সারথি অদুগা শগোল মরিবু হাত্তোকখি। অদুদগী নুমিৎকী মঙালগুম্না লংলবা নারাচ কৌবা তেল মপৈ অমনা কর্ণগী মথবাক্ত থাখি ॥৫৫॥ মহারাজ! নুমিৎকী মশেক্না নোংলক্তগী কাওদোক্তুনা চৎখিবগুম্না ভীমগী তেল ময়াম্ অদুনা কর্ণগী হকচাংদগী কাওদৎখিদুনা লৈমুংদা চঙখি ॥৫৬॥ অদুদগীদি নাপল চাউরবা কর্ণ

স বৈকল্যং মহৎ প্রাপ্য ছিন্নধন্বা শরার্দ্দিতঃ। তথা পুরুষমানী স প্রত্যপায়াদ্রথান্তরম্ ॥৫৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে ভীমপ্রবেশে পুনঃ কর্ণপরাজয়ে
চতুর্দ্দশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

——:০:——

অসি মীরুং য়াঙদনা, তেন্না মশাপুস্বা পুময়েম্ য়োমহুনা জ্ঞান তাদনা হন্দোক্তনা অতোপ্পা রথ অমদা কাখৎখি ॥৫৭॥

মখম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মন্নুংদা ভীমপ্রবেশগী মতাংদা বর্ণপরাজয়গী চামতরামরিশুবা অধ্যায় লোইরে।

—ঃ×ঃ—

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চাদশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামতরামঙাশুবা অধ্যায়।

( যুধিষ্ঠিরনা চিন্তা তৌরকপা )

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

যস্মিন্ জয়াশা মহতী পুত্রাণাং মম সঞ্জয়!। তং দৃষ্ট্বা বিমুখং ভীমাৎ কিং নু দুর্য্যোধনোঽব্রবীৎ ॥১॥
কথঞ্চ যুযুধে ভীমো বীর্যশ্লাঘী মহাবলঃ। কর্ণো বা সমরে তাত! কিমকার্ষীদতঃ পরম্।
ভীমসেনং রণে দৃষ্ট্বা জলন্তমিব পাবকম্ ॥২॥

সঞ্জয় উবাচ।

রথমন্যং সমাস্থায় বিধিবৎ কল্পিতং পুনঃ। অভ্যয়াৎ পাণ্ডবং কর্ণো বাতোদ্ধূত ইবার্ণবঃ ॥৩॥

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—মাগী মথক্তা আশা পুন্নমক্ ঙমুহুনা লাল অসি হৌজিক্ ফাওবা দুর্য্যোধননা থাদোক্তহুনা জয় ওইখিনি হায়না খল্লিবা অদুগুম্বা বর্ণনা ভীমদগী মমায় ওনথ্রবদা দুর্য্যোধননা মতম অদুদা কমদৌখি ॥১॥ অদুগা সঞ্জয়! মপাঙ্গল কল্লবা, নাপন্ন চাউরবা ভীমসেননা মতৌ করম্না কনাগ অমুক থেংনখিবা? "মৈগী মতৌগুম্না তেজ লৈরবা ভীমবু উবদা বর্ণ অসি অহুম্মক্ তুমিন্ লৈগ্রব্রা? লৈব্রবদি করম্না অমুক্ শোরুখি?" ॥২॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—তাবিয়ু মহারাজ। কর্ণ অসি অতোপ্পা

কুন্তমাধিরথিং দৃষ্ট্বা পুত্রাস্তব বিশাংপতে ! । ভীমসেনমমন্যস্ত বৈবস্বতমুখে গতম্ ।৪।
চাপশব্দং ততঃ কৃত্বা তলশব্দঞ্চ ভৈরবম্ । অভ্যবর্ত্তত রাধেয়ো ভীমসেনরথং প্রতি ।৫।
পুনরেব তয়ো রাজন্ ! ঘোর আসীৎ সমাগমঃ । বৈকর্ত্তনস্য শূরস্য ভীমস্য চ মহৌজসঃ ।৬।
সংরব্ধৌ হি মহাবাহু পরস্পরবধৈষিণৌ । অন্যোন্যমীক্ষাঞ্চক্রাতে দহন্তাবিব লোচনৈঃ ।৭।
ক্রোধরক্তেক্ষণৌ তীব্রৌ নিশ্বসন্তাবিবোরগৌ । শূরাবন্যোন্যমাসাদ্য ততক্ষতুররিন্দমৌ ।৮।
ব্যাঘ্রাবিব সুসংরব্ধৌ শ্যেনাবিব চ শীঘ্রগৌ । শরভাবিব সংক্রুদ্ধৌ যুযুধাতে পরস্পরম্ ।৯।
ততো ভীমঃ স্মরন্ ক্লেশানক্ষদ্যূতে বনেঽপি চ । বিরাটনগরে চৈব প্রাপ্তং দুঃখমরিন্দমঃ ।১০।
রাষ্ট্রাণাং স্ফীতরত্নানাং হরণঞ্চ তবাত্মজৈঃ । সততঞ্চ পরিক্লেশান্ সপুত্রেণ ত্বয়া কৃতান্ ।১১।
যৎ কুন্তীং দগ্ধুমৈচ্ছঃ স্ম সপুত্রাং ত্বমনাগসম্ । কৃষ্ণায়াশ্চ পরিক্লেশং সভামধ্যে দুরাত্মভিঃ ।১২।
কেশপক্ষগ্রহঞ্চৈব দুঃশাসনকৃতং তথা । পরুষাণি চ বাক্যানি কর্ণেনোক্তানি ভারত ! ।১৩।

অহন্বা রথ অমদা অমুক্ তোংখত্না লালগী খুৎশুখুৎলায় পোংলোয় সম্বোৎ (সম্পৎ) পুম্বা য়াওনা অমুক্ ভীম তম্না, মুংশিংনা পুশিল্লকৃপা ইরৈগুম্ চেনশিল্লকই ॥৩॥ কর্ণনা শাউনা ফুজিল্লকৃপসি উবদা, মহারাজ ! নচাঈবুংঙোশিংনা ভীম অসি যমরাজগী মখয়াত্তা চোংশিনখ্রেদনা হায়না চপ্-য়ুংনা খল্লখি ॥৪॥ অদুদগী কর্ণ অসি জীরী হাপ্পুনা জীরী শৃৎ-শৃৎ নান্দুনা, তেন্দোংদগী তেল শত্নুনা, তেঙ্গা খোংদুনা ভীমগী রথ তম্না প্রেপ্রেপ্ খৌজিল্লকই ॥৫॥ মহারাজ ! অদুদগীদি ভীম কর্ণ অনী অসি য়েংবদা ভুক্তুংবা পোক্ল কল্লা শোক্লবা হৌখ্রে ॥৬॥ অমনা অমবু জয় তৌগে, হাৎলগে হায়না খল্লরবা ভীম কর্ণ অনী অসি শাউখিবগী ঈ কারবা মমীৎ অনীনী অদু ওনখৎনদুনা অমগমগা চাগদবগুম্ মমীৎ খানা য়েংনদুনা লৈ ॥৭॥ অদুগী তুংদা মমীৎ ঈ কানরবা শাখিনা কল্লহৈরবা, য়েক্লববু ডম্গনবা অনী অসি, মহূপুরবা লিঞ্জাউ অনীনা নু শাশোর ফুইন ফুইন হোন্দুনা চীররকপা য়েংনরকপদুগুম্না অমগমগ কাপশিন্নরবলে ॥৮॥ কৈজাও অনীগুম্না খৌরবা, খুনুগ্রও অনীগুম্না শাফু বল্লরবা, শদুং অনীগুম্না শাউনরবা ভীম কর্ণ অনী কল্লা খেংনরকলে ॥৯॥

ভরতনন্দন মহারাজ ! লালক্ম্ অদুদা য়েক্লবগুম্বা, য়েক্লবহাৎগুম্বা, ধর্ম্মচেল্লবা বৃকোদর ভীমনা, মমাংদা খোকখিবা খৌদোক পুম্নমক্ নীঙশিংঙ্বদা মশামথন্তবু ধিক্কার তৌজে ॥১১॥ মীনম্বা চৌবর, মাদুগী মতৈনা বনবাস, বনদা অৱাবা খুদোংথীবা কয়া নংখিবা, বিরাট লৈপাক্ত হূরানবগুম্ লোৎখিবা, দুর্য্যোধননচিংবনা লৈপাক্ মুলহৌবা, দুর্য্যোধননচিংবনা শিবয়াবা খৌদোক কয়া খোকহনখিবা, মরালকৈত্রবী কুন্তীবু অৱাবা পীখিবা, চাশঙমৈথাবা, সভা মঙ্গাঃদা দ্রৌপদীগী মশম লাক্লু্নাচিংখিবা, মফি মুন্দুনা ঈকায়বা পীখিবা, কর্ণগী করেম্নবা রাঙাং, ( মাদুদা কর্ণনা হায়খিবা হায়ববু "হায় দ্রৌপদী ! নং মখাম অসিদগী অপাম্ব নপুরোয়বা অম খল্লু । করিন হায়ববু মখোয়সে, নংগী নপুরোয়বা অমত নত্রে । মখোয়সে লোইনা নরকত তারবনি " ! ), দুর্য্যোধননচিংবা

পতিমন্যং পরীপ্সস্ব ন সন্তি পতয়স্তব। নরকং পতিতাঃ সর্ব্বে পার্থাঃ ষণ্ঢতিলোপমাঃ ॥১৪॥
সম্বন্ধং তব কৌরব্যা। যদূচুঃ কৌরবাস্তদা। দাসীভাবেন কৃষ্ণাঞ্চ ভোক্তুকামাঃ সুতাস্তব ॥১৫॥
যচ্চাপি তান্ প্রব্রজতঃ কৃষ্ণাজিননিবাসিনঃ। পরুষাণ্যুক্তবান্ কর্ণঃ সভায়াং সন্নিধৌ তব ॥১৬॥
তৃণীকৃত্য চ যৎ পার্থাংস্তব পুত্রো ববল্গ হ। বিষমস্থান্ সমস্থো হি সংরম্ভাদগতচেতনঃ ॥১৭॥
বাল্যাৎ প্রভৃতি চারিন্দম দুঃখানি চিন্তয়ন্। নিরবিদ্যত ধর্ম্মাত্মা জীবিতেন বৃকোদরঃ ॥১৮॥

(কুলকম্)

ততো বিস্ফার্য্য সুমহদ্ধেমপৃষ্ঠং দুরাসদম্। চাপং ভরতশার্দ্দূলস্ত্যক্তাত্মা কর্ণমভ্যয়াৎ ॥১৯॥
স সায়কময়ৈর্জালৈর্ভীমঃ কর্ণরথং প্রতি। ভানুমদ্ভিঃ শিলাধৌতৈর্ভানোঃ প্রাচ্ছাদয়ৎ প্রভাম্ ॥২০॥
ততঃ প্রহস্যাধিরথিস্তূর্ণমস্ত শিলাশিতৈঃ। ব্যধমদ্ভীমসেনস্য শরজালানি পত্রিভিঃ ॥২১॥
মহারথো মহাবাহুর্মহাবেগো মহাবলঃ। বিব্যাধাধিরথির্ভীমং নবভির্নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥২২॥
স তোত্ত্রৈরিব মাতঙ্গো বার্য্যমাণঃ পতত্রিভিঃ। অভ্যধাবদসংভ্রান্তঃ সূতপুত্রং বৃকোদরঃ ॥২৩॥
তমাপতন্তং বেগেন রভসং পাণ্ডবর্ষভম্। কর্ণঃ প্রত্যুদ্যযৌ যোদ্ধুং মত্তো মত্তমিব দ্বিপম্ ॥২৪॥
ততঃ প্রধ্মাপ্য জলজং ভেরীশতসমস্বনম্। অক্ষুভ্যত বলং হর্ষাদুদ্ধূত ইব সাগরঃ ॥২৫॥

---

মচীম্মনাও চামনা দ্রৌপদীবু মখোয়গী মীনায়মুবীগুম্ থম্নগা সেবা তৌহনুগে নীঙখিবা, মাহুক্দা ঙাঙনখিবা য়াঙাং, পাণ্ডবশিংনা উকু শেং জটাপু তৌহনা বনদা চৎখিবা, কর্ণনা মাহুদা ঙাঙখিবা, মাসিদা দুঃশাসননা পাংশিন্দুনা ঙাঙশকপা অয়াবা তায়বা পাণ্ডবশিংবু য়েংলগা মখোয়না কয়েম্নহুনা, লঙনহুনা, খুবাক্ প্রোক্ প্রোক্ খুহুনা কাক্ কাক্ নোক্খিবা, জগোইশাবা, খিপৎপা অসিনচিংবা তৌহুনা মখোয়না পাণ্ডবশিংবু উশিন্তবা, নাপীগুম্ উখিবা, অসিদগী হেন্দোকতুনা, মখোয়বু হেকপোকপদগী হাংকে হাইনত হোৎনখিবা আসিপুম্বসি ভীমনা লালকম্দা কর্ণগী মাঙদা নীঙশিংলকই মাহুপুম্ব থল্লুবদা ভীমগী মায়থোং অসি মুগুক্ মুনা কাহৎখি ॥১২-১৮॥ অহুদগীদি ভরতশার্দ্দূলগী অথোইবা ভীমসেন অসি মথ্‌্বাই পাম্মুদনা সনানা হাজংরৈয়বা চাউশাংলবা লীক্লং অহু নাকোং মরুক্কংনা চিংহুনা কর্ণতম্না ফুজিল্লকই ॥১৯॥ অদুদগী ভীমনা কাপশিল্লকপা লংলবা থোয়বা তেলগী মপৈ অদুনা লাং ওইখিহুনা মুমিৎপু পূমকুপ কুপথ্রে, পুম্নম্ মম্থ্রে ॥২০॥

মতম্ অদুদা কর্ণনা নোক্ক নোক্না ভীমনা কাপ্লকলিবা তেল মপৈশ্ন থোয়বা তেল থয়না লোইনা কক্থৎখি ॥২১॥ অদুগী তুংদা কল্লবা, হৈয়বা, শাক্তু কল্লবা কর্ণনা থোয়বা তেল মাপন্না ভীমদা কম্না থাখি ॥২২॥ শামু থৌবা (মাউৎ) না শামুকাতীনা শামুবু থাঙ্বা অদুগুম্না কর্ণগী তেন্না শাখিনা পাল্লবসু, ভীমনা করিমত নাচ্ংবিদনা, কর্ণয়োম্দহুম অহুম্ চঙ্শিল্লকলে ॥২৩॥ নীঙঙায়বা লৈতবা ভীমনা চঙশিল্লকপসি উবদা, শামু অমনা শামু অমগী মনাক্ত চঙ-শিল্লকপগুম্ কর্ণসু করিমত কিবিদনা ভীমতম্না চঙশিল্লকই ॥২৪॥ অদুদগীদি কৌরব লান্মী মপৈ

তদদ্ভুতং বলং দৃষ্ট্বা নাগাশ্বরথপত্তিমৎ। ভীমঃ কর্ণং সমাসাদ্য চ্ছাদয়ামাস সায়কৈঃ ॥২৬॥
অথার্ক্ষসবর্ণাংশ্চ হংসবর্ণৈর্হয়োত্তমৈঃ। ব্যামিশ্রয়দ্রণে কর্ণঃ পাণ্ডবং ছাদয়ন্ শরৈঃ ॥২৭॥
ঋক্ষবর্ণান্ হয়ান্ হংসৈর্মিশ্রান্ মারুতরংহসঃ। নিরীক্ষ্য তব পুত্রাণাং হাহাকৃতমভূদ্বলম্ ॥২৮॥
তে হয়া বহ্বশোভন্ত মিশ্রিতা বাতরংহসঃ। সিতাসিতা মহারাজ। যথা ব্যোম্নি বলাহকাঃ ॥২৯॥
সংরব্ধৌ ক্রোধতাম্রাক্ষৌ প্রেক্ষ্য কর্ণবৃকোদরৌ। সন্ত্রস্তাঃ সমকম্পন্ত ত্বদীয়া বৈ মহারথাঃ ॥৩০॥
যমরাষ্ট্রোপমং ঘোরমাসীদায়োধনং তয়োঃ। দুর্দ্দর্শং ভরতশ্রেষ্ঠ। প্রেতরাজপুরং যথা ॥৩১॥
সমাজমিব তচ্চিত্রং প্রেক্ষমাণা মহারথাঃ। নালক্ষয়ন্ জয়ং ব্যক্তমেকৈকস্য তদা রণে ॥৩২॥
তয়োঃ প্রৈক্ষন্ত সম্মর্দ্দং সন্নিকৃষ্টং মহাস্ত্রয়োঃ। তব দুর্ম্মন্ত্রিতে রাজন্। সপুত্রস্য বিশাংপতে। ॥৩৩॥
ছাদয়ন্তৌ হি শত্রুঘ্নাবন্যোন্যং সায়কৈঃ শিতৈঃ। শরজালাবৃতং ব্যোম চক্রাতেঽদ্ভুতবিক্রমৌ ॥৩৪॥
তাবন্যোন্যং জিঘাংসন্তৌ শরৈস্তীক্ষ্ণৈর্মহারথৌ। প্রেক্ষণীয়তরাবাস্তাং বৃষ্টিমন্তাবিবাম্বুদৌ ॥৩৫॥
সুবর্ণবিকৃতান্ বাণান্ প্রমুঞ্চন্তাবরিন্দমৌ। ভাস্বরং ব্যোম চক্রাতে তাবুল্কাভিরিব প্রভো। ॥৩৬॥

---

অহুম্ব পুংশেল যম্ত্রগী মথোলগা লোয়ননা কর্ণগী মতুং ইম্নরক্ল্না ভীম তম্না চঙশিল্লকই ॥২৫॥ শগোল শামু রথ খোঙমীনা থল্লবা ভেজোল মপৈ অহুনা পুল্লপ্ হৌচনা চঙ্শিল্লকপসি উবদা ভীমনা কম্নিমত নাচুংবিদনা তেল মনম্ মনম্ কাপ্শিল্লকতুনা কর্ণবু মশাপুম্বা তেম্না পুময়োম্ য়োম্হন্থি ॥২৬॥ কর্ণনস্ব লাল্ অহুদা ভীমবু মশাপুম্বা তেম্না পুময়োম্ য়োম্হন্থি। অহুদগী কাংগুগী মতৌগুম্ ঙৌরবা শগোলশিং অহু খৌজিন্নকতুনা ভীমগী শগুম্গুম মুরবা শগোলশিং অহুগা অমগমগ তরুথেংনহনখি ॥২৭॥ কর্ণগী ঙৌরবা শগোলশিং অহুগা ভীমগী শগুম্গুম্ মুরবা শগোল অহুগা ক্রক্-ক্রক্ তক্শিন্নবহু উবদা কৌরব লাম্মী পুম্নমক্ কিবনা থক্ থক্ নীরুখি ॥২৮॥ মহারাজ। মতম্ অসিদা মুরবা শগোলশিং অহুগা ঙৌয়োক ঙৌরবা শগোলশিং অহুগা অমগমগ তরুবা ইঙ্গিম্নবা অহুমক্ য়েংবদা নোং অঙৌবা মতুমশিংগা মুরবা নোং মতুমশিংগা নোংমদোম্বক্ত অমগমগ তরু থেংনবদা কজবগুম্ থোইনা কজখি ॥২৯॥ পাউবনা মমীত্ত ঈ কানরবা কর্ণ ভীম অনীসিনা মুথামুথী ওইনা থেংনরপসি উবদা কৌরবলাম্মী পুম্বা কিবনা থক্ থক্ নীরুখি ॥৩০॥ মহারাজ। কর্ণভীম অনীগী যমরাজগী, লালকমগুম্বা লালকম্ অহু অকিবগী মশক কংবা শককম্ অম পুথি ॥৩১॥ অতৈ লাম্মীশিংনা অনীগী কুম্মৈ (নাটক) গুম্বা লাল অহু য়েংতুনা মাগী মাগী মীচঙ্না কর্ণভীম অনী জয় ওইনবগী আশা তৌদ্রনা পুক্নীং থৌগৎনত্রনা লৈনখি ॥৩২॥ মহারাজ। মহারাজনা মাসিত থোরুবা হায়রতুনা তৌবিখিবা মন্ত্রনা অহুগী মহৈনা খুৎলায়পুম্বা গুনা লৈরবা কর্ণগা ভীমগা অনীগী অকিবগী মশক্ কংলবা লাঞ্জাও অসি থোক-খিহনি ॥৩৩॥ অঙকৃপা কংন কররবা ভীম-কর্ণ অনীগী খুৎলায়রতনা অমগমগা য়োম্নখিত্রনা মথোয় অনীগী তেম্না নোংমদোন্ মকোয় অসি পুন্নকুপ্ কুপখ্রে ॥৩৪॥ অমনা অমবু হাৎকে থরবা অনী অসিনা অভৎ অথম্ লৈতনা কাপথোক্নরকপসিনা মথোয় অনী অসি অভৎ

[illegible]ত্যাং মুক্তাঃ শরা রাজন্! গাত্রৈ পত্রাঙ্ককাশিরে। শ্রেণ্যঃ শরদি মত্তানাং সারসানামিবাম্বরে ॥৩৭॥
[illegible]ক্তং সূতপুত্রেণ দৃষ্ট্বা ভীমমরিন্দমম্। অতিভারমমন্যেতাং ভীমে কৃষ্ণধনঞ্জয়ৌ ॥৩৮॥
[illegible]ত্রাধিরথিভীমাভ্যাং শরৈর্মুক্তৈর্দৃঢ়াহতাঃ। ইষুপাতমতিক্রম্য পেতুরশ্বনরদ্বিপাঃ ॥৩৯॥
পতদ্ভিঃ পতিতৈশ্চান্যৈর্গতাসুভিরনেকশঃ। কৃতো মহান্ মহারাজ! পুত্রাণাং তে জনক্ষয়ঃ ॥৪০॥
মনুষ্যাশ্বগজানাঞ্চ শরীরৈর্গতজীবিতৈঃ। ক্ষণেন ভূমিঃ সংজজ্ঞে সংবৃতা ভরতর্ষভ! ॥৪১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে ভীমপ্রবেশে ভীমকর্ণযুদ্ধে
পঞ্চাদশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

---

অথম্ লৈতনা হৈথনরক্লবা নোং মতুম্ অনীগী মতৌঙুম্না উথি ॥৩৫॥ মহারাজ! য়েক্লবা ঙম্গনবা অনী অসিনা কাপথোকনরকপা সনানা তঙুপ তয়েংনা হৎলবা তেল মপৈ মপৈনা নোংমদোম্থক্তা অমমম্না শঙাইশেল পাইবঙুম্ পাইশিল্লকতুনা নোংমদোম্থকপু অমুকমুক্ পূম্ঙাল ঙালহনথি ॥৩৬॥ মহারাজ! শরংকী মকত্রবা নোংমদোন্দা মম্নায় কায়বা রাইমু মপৈ মপৈনা পাইথোক্নরকপত্রঙুম্না লাঙজা মতু পাল্লবা তেলশিং অদু নোংমদোনথক্তা থোইদোক্লা কজনা উথি ॥৩৭॥ য়েক্লবা নৈহৎঙম্বা ভীমসেননা কর্ণগা মুখা মুথী ওইনা লাম্বা ওইহনা শোক্লখিবসি উবদা কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা অনীমক্না, ভীমগী মথক্ত কল্লবা মথৌ অম লৈখ্রে—অসুম্ হায়না খল্লখি ॥৩৮॥ খুকাপ কল্লবা কর্ণ ভীম অনীনা কাপথোক্নরকপা তেলশিং অদুনা শগোল শামু অমদি খোঙমী রথী পূম্বনা লৈরিবা মকমদগী অহংগা অচম্বা তেল্শিংনা তারুগদবা থংঙুগদবা মকমদগীমু মায়না লাপ্ন পাঈথোক্তুনা তানখি ॥৩৯॥ মহারাজ! লালফম্ লৈমায়থক্ত ভুরক্পা তুথনরকপা কৌরবলান্মীশিংগী মশীংনা অসুম্সুম্ হেনগৎপত্নদা কৌরব পক্ষগী মীশীঙ্ মায়ম হম্থরক্লে ॥৪০॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ! মথ্রাই থায়বা মী, শগোল, শামুশিংগী মশামক্তনা লাল্ফম্ অদু থুরক্ হাঙ্দনা কুপ্খি ॥৪১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা ভীমপ্রবেশগী মতাংদা ভীমকর্ণযুদ্ধগী চামতরামঙাশুবঃ অধ্যায় লোইরে ॥•॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ষোড়শাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

চামতরাতরুকৃশুবা অধ্যায়ঃ ॥

(ভীমগী লানদা কর্ণনা চেনবগী মতাং)

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

অত্যদ্ভুতমহং মন্যে ভীমসেনস্য বিক্রমম্। যৎ কর্ণং যোধয়ামাস সমরে লঘুবিক্রমম্ ॥১॥
ত্রিদশানপি চোদ্যুক্তান্ সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ। বারযেদ্যো রণে কর্ণঃ সযক্ষাসুরমানবান্ ॥২॥
স কথং পাণ্ডবং যুদ্ধে ভ্রাজমানমিব শ্রিয়া। নাতরৎ সংযুগে তাত! তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়! ॥৩॥
(যুগ্মকম্)
কথঞ্চ যুদ্ধং ভূয়োঽভূত্তয়োঃ প্রাণদুরোদরে। অত্র মন্যে সমায়ত্তৌ যুদ্ধে জয়পরাজয়ৌ ॥৪॥
কর্ণং প্রাপ্য রণে সূত! মম পুত্রঃ সুযোধনঃ। জেতুমুৎসহতে পার্থান্ সগোবিন্দান্ সসাত্বতান্ ॥৫॥
শ্রুত্বা তু নির্জ্জিতং কর্ণমসকৃদ্ভীমকর্ম্মণা। ভীমসেনেন সমরে মোহ আবিশতীব মাম্ ॥৬॥
বিনষ্টান্ কৌরবান্ মন্যে পুত্রস্য মম দুর্নয়ৈঃ। নাহ কর্ণো মহেষ্বাসান্ পার্থান্ জেষ্যতি সঞ্জয়! ॥৭॥
কৃতবান্ যানি যুদ্ধানি কর্ণঃ পাণ্ডুসুতৈঃ সহ। সর্বত্র পাণ্ডবাঃ কর্ণমজয়ন্ত রণাজিরে ৮॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! ভীমসেনগী পাঙ্গল অসে, অঙকপা অমনি হায়না ঐনা খল্লি মরমদি লৌরুং ভেতলগী লান্দা মপা লৈত্রবা. কল্লৈরবা কর্ণমক্তা ভীমনা নাচু দনা পানরি ॥১॥ ঈপুংঙো সঞ্জয়! খুৎলায় পায়বগী মলুংদা অথোইবা ওইরবা, মশা মথন্তনা লাই হিংচাবা যক্ষ-রক্ষশিংগসু থেংনবা ঙম্বা, অকনবগী বিদ্যা গুণ পুম্বনা তিল্লবা কর্ণমক্তা ভীমবু করিগী থুনা য়াঙনা মায়থীবা পীবা ঙমখিদ্রিবনো মাহু চুম্না লৌয়ু ॥২—৩॥ মখোয় অনীনা অমুক করম্না থেংনখি? য়েংঙু সঞ্জয়! থরাই থানবগী লালফম্ অসিদা জয় পরাজয় অনীমক্ "মরায়বক্তা লাইনা তম্বা" হায়বহুগী মখুত্তা লৈত্রবনি হায়না ঐনা খল্লি ॥৪॥ সঞ্জয়! ঐগী ঈচা দুর্য্যোধন হায়বহুনা কর্ণবু মাগী মরুপ ওইনা ফংবদগী কৃষ্ণ অর্জ্জুন সাত্যকিমকপু ঙম্গনি হায়না খল্লম্বনি ॥৫॥ অদুবু, অদুগুম্বা কর্ণবু ভীম মথন্তনা হন্না হন্না জয় তৌত্রে হায়বসি তাবদা ঐগী পূক্নীংদা অঙকপা পেন্দরবা চিনবা অমা পোক্ই ॥৬॥ অদুগা তৌবগীদি সঞ্জয়! ঐগী পঙলবা ঈচা দুর্য্যোধনগী ফত্রবা নীতিদগী কৌরব-শিংগী মাঙন তারুবগী খোঁদোক্ অসি থোকখ্রবনি হায়না খল্লি। অদুনা কনা কন্দুনসু অকনবা

অবধ্যাঃ পাণ্ডবাস্তাত ! দেবৈরপি সবাসবৈঃ । ন চ তদ্বুধ্যতে মন্দঃ পুত্রো দুর্য্যোধনো মম ॥৯॥
ধনং ধনেশ্বরস্যেব হৃত্বা পার্থস্য মে সুতঃ । মধুপ্রেপ্সুরিবাবুদ্ধিঃ প্রপাতং নাববুধ্যতে ॥১০॥
নিকৃত্য নিকৃতিপ্রজ্ঞো রাজ্যং হৃত্বা মহাত্মনাম্ । জিতমিত্যেব মন্যানঃ পাণ্ডবানবমন্যতে ॥১১॥
পুত্রস্নেহাভিভূতেন ময়া চাপ্যকৃতাত্মনা । ধর্মে স্থিতা মহাত্মানো নিকৃতাঃ পাণ্ডুনন্দনাঃ ॥১২॥
শমকামঃ সদা পার্থো দীর্ঘাপেক্ষী যুধিষ্ঠিরঃ । অশক্ত ইতি মন্বানৈঃ পুত্রৈর্মম নিরাকৃতঃ ॥১৩॥
তানি দুঃখান্যনেকানি বিপ্রকারাংশ্চ সর্ব্বশঃ । হৃদি কৃত্বা মহাবাহুর্ভীমোঽযুধ্যত সূতজম্ ॥১৪॥
তস্মান্মে সঞ্জয় ! ব্রূহি কর্ণভীমৌ যথা রণে । অযুধ্যেতাং যুধি শ্রেষ্ঠৌ পরস্পরবধৈষিণৌ ॥১৫॥

## সঞ্জয় উবাচ

শৃণু রাজন্ ! যথা বৃত্তঃ সংগ্রামঃ কর্ণভীমযোঃ । পরস্পরবধপ্রেপ্স্বোর্বনে কুঞ্জরয়োরিব ॥১৬॥
রাজন্ ! বৈকর্ত্তনো ভীমং ক্রুদ্ধঃ ক্রুদ্ধমরিন্দমম্ । পরাক্রান্তং পরাক্রম্য বিব্যাধ ত্রিংশতা শরৈঃ ॥১৭॥
মহাবেগৈঃ প্রসন্নাগ্রৈঃ শাতকুম্ভপরিষ্কৃতৈঃ । আহনদ্ভরতশ্রেষ্ঠ ! ভীমং বৈকর্ত্তনঃ শরৈঃ ॥১৮॥

---

কর্ণনা পাণ্ডবশিংবু জয় তৌবা ঙম্মোই হায়না খল্লি ॥৭॥ কর্ণগা পাণ্ডবশিংগা শোরুখিবা লাল-খিবক্তা পাণ্ডবশিংতনা কর্ণবু জয় তৌহনা ঙাক্তা লাকৃলিবনি ॥৮॥ অহনা ঈবুংঙো সঞ্জয় ! ইন্দ্রমরুদ্গণ পাণ্ডবশিংবু জয় তৌবা ঙম্মোই হায়বসে পঙলবা দুর্য্যোধননা হৌজিক্ কাওবা খঙভ্রি ॥৯॥ খোইহৌত্তা মাখাগী অপঙবা মীনা রাংলবা উথক্তগী তারকনিকো হায়বসি খন্দবহুঙম্না পঙ-লবা দুর্য্যোধননা কুরুক্ষেত্র ময়লঙম্ব যুধিষ্ঠিরগী রাজ্যসম্পত্তিবু মুদ্দুরগা নিংথৌ মকম্ তাগনি মথ্‌াই মাঙগনি হায়বা হৌজিক্ কাওবা খভ্রি ॥১০॥

মীনম্বা চৌবরনা নম্থাক তৌহনা জয়তৌবিগ্রবা পাণ্ডবশিংনা রাশক্ত পুনখিহনা বনচৎপ্রবদা মখোয়গী লৈপাকপু ঈরাই লাইন লৌহৌবহুদা পঙ্‌লবা দুর্য্যোধননা পাণ্ডবশিংবু ঙমলে, মখোয়দগী চেঙ্গ কল্লে, হায়না খল্লি ॥১১॥ সঞ্জয় ! ঐশু মচানা ঙম্বা, মচাবু কাহেন্নপুংশিতনা শুমহৎপ্রবা জ্ঞানলৈতবা হায়বহু তারে। ঐ রাওনা মরাল্ লৈজত্রবা, ধর্ম্ম চেল্লবা পাণ্ডবমচাশিংবু ওৎপ নৈব য়াওরুয়ে ॥১২॥ অমরোমদনা পৃথাগীমচা ধর্ম্ম চেল্লবা যুধিষ্ঠিরনা ঐখোয়গা চান্নবগী রাখলগা থবক্ত তৌহনা লৈরি। রাশক কায়দনা মতম্ অম্বুককুইবসি তূমিন্ন তাহনা লাকৃলি। অহুবু ঐগী কত্রবা ঈচাশিং অসিনা মখোয়বু ওৎপদ থংঙকৃই ॥১৩॥ মমাঙৈগী অরাবা পূম্বহু নীওশিংঙুহুনা ভীমসেননা হৌজিক্ মুংঙাইতবা অমগা লোয়ননা কর্ণগা থেংনরিবনি ॥১৪॥ মরম্ অহুনা সঞ্জয় ! অমনা অমবু হাৎকে হায়না শীঙ্‌নরবা কর্ণ ভীম হায়বা অকন্‌বা অনীসিনা মতৌকয়ম্না থেংনখিবগে হায়না শোন্না তম্মু ॥১৫॥ সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ ! বনদা শামু লমশা অনীনা য়াখিন্নবহুঙম্না অমনা অমবু হাৎকে খল্লব কর্ণ ভীমঅনীগী লাল অসি মথং শীৎনা তাখিরে ॥১৬॥ মহারাজ ! মশাগী মথৌনা তৌবা ঙম্বা উত্তূনা কর্ণনা খোইনশাউহুনা লৈরবা কল্লবা ভীমসেনদা থৌরবা তেল কুন্ত্রানা খাখি ॥১৭॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা নিংথৌ ! অহুদগী অমুক্

তস্যাস্যতো ধনুর্ভীমশ্চকর্ত্ত বিশিখৈস্ত্রিভিঃ। রথনীড়াচ্চ যন্তারং ভল্লেনাপাতয়ৎ ক্ষিতৌ ॥১৯॥
স কাঙ্ক্ষন্ ভীমসেনস্য বধং বৈকর্ত্তনো বৃশম। শক্তিং কনকবৈদূর্য্যচিত্রদণ্ডাং পরামৃশৎ ॥২০॥
প্রগৃহ্য চ মহাশক্তিং কালশক্তিমিবাপরাম্। সমুৎক্ষিপ্য চ রাধেয়ঃ সন্ধায় চ মহাবলঃ।
চিক্ষেপ ভীমসেনায় জীবিতান্তকরীমিব ॥২১॥
শক্তিং বিসৃজ্য রাধেয়ঃ পুরন্দর ইবাশনিম্। ননাদ সুমহানাদং বলবান্ সূতনন্দনঃ।
তঞ্চ নাদং তদা শ্রুত্বা পুত্রাস্তে হৃষিতাভবন্ ॥২২॥
তাং কর্ণভুজনির্ম্মুক্তামর্কবৈশ্বানরপ্রভাম্। শক্তিং বিয়তি চিচ্ছেদ ভীমঃ সপ্তভিরাশুগৈঃ ॥২৩॥
ছিত্ত্বা শক্তিং তদা ভীমো নির্ম্মুক্তোরগসন্নিভাম্। মার্গমাণ ইব প্রাণান্ সূতপুত্রস্য মারিষ ! ॥২৪॥
প্রাহিণোৎ ক্রুদ্ধসংরব্ধঃ শরান্ বর্হিণবাসসঃ। স্বর্ণপুঙ্খান্ শিলাধৌতান্ যমদণ্ডোপমান্ মৃধে ॥২৫॥
(যুগ্মকম্)
কর্ণোঽপ্যন্যদ্ধনুর্গৃহ্য হেমপৃষ্ঠং দুরাসদম্। বিকৃষ্য চ মহাতেজা ব্যসৃজৎ সায়কান্ বহূন্ ॥২৬॥
তান্ পাণ্ডুপুত্রশ্চিচ্ছেদ নবভির্নতপর্ব্বভিঃ। বসুষেণেন নির্ম্মুক্তান্ নব রাজন্ ! মহাশরান্।
ছিত্ত্বা ভীমো মহারাজ ! নাদং সিংহ ইবানদৎ ॥২৭॥
তৌ বৃষাবিব নর্দ্দন্তৌ বলিনৌ বাসিতান্তরে। শার্দ্দূলাবিব চান্যোন্যমামিষার্থেঽভ্যগর্জ্জতাম্ ॥২৮॥

---

লংলবা সনাহৎলবা মথৌশঙলবা, সাফু কল্লবা তেল মনম্-মনম্ কাপ্‌শিল্লক্তুনা কর্ণনা ভীমদা শাখিনা চৈনাখোল পীরকৃলে ॥১৮॥ অস্তুম্না য়াম্না তোয়না কাপ্‌শিল্লকৃপা মতম অসিদা ভীমনা কর্ণগী লীরুং অদু ককৃথৎখি। অদুদগী তা মচীন্‌শাবা তেল অমনা মাগী সারথিবুস্থ লৈমায়থক্ত ভুহনখি ॥১৯॥ মতম অদুদা কর্ণনা ভীমবু মহাৎলগে হায়না খন্দুনা বৈদূর্য্যমণিনা হৎলবা শাংলবা; লংলবা তা অম পায়খৎলি ॥২০॥ কালদণ্ডগুম্বা; মচীন্দা মৈ হৌরবা থরাই মাঙননবগী মশক ওইরবা শাংলবা লংলবা তা অদু পায়খত্তুনা মপা চুম্না কর্ণনা ভীম তম্না লংশিল্লকই ॥২১॥ ইন্দ্রগী বজ্রগুম্বা তা অসি লংশিন্‌খিবগা লোয়ননা সারথি অধিরথগী মচা কর্ণনা খোঞ্জেল হৌনা সিংহনাদ লাউরকই। খোল্লাউ অদু তাবদা মহারাজগী নচাঈবুংঙোশিংনা নুংঙাইখি ॥২২॥ নোম-দোম্বক্ত পাইশিল্লকৃলিবা কর্ণগী তা অদুবু ভীমনা মতূপ্ তরেং খোক্লা ককৃথংখি ॥২৩॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! মকু হুরবা লিলগী মতৌগুম্বা তা অদুবু ভীমসেননা ককৃথৎলগা অদুদগী য়ামনা শাউখিদুনা কর্ণগী মথরাই লৌরগে হায়বগী মতাগুম্না, রাহোং মতুনা তেম্না, পান্‌বা সনানা তেন্‌খোক্তহৎপা, য়োথৌ (ইস্পাত)না মখৌ শঙলবা যমদণ্ডগুম্বা খোরবা তেলমক্ত কর্ণরোম্‌দা কাপ্‌শিল্লকৃলে ॥২৪-২৫॥ মরক্ অসিদা কর্ণনু সনা-মণি হৎলবা লীরুং অমমুক্ পায়খৎতুনা, লীরীবু নাকোং মরুক্কংনা চিং চিংহুনা তেল মপৈ মপৈ ভীমদা কাপশিল্লকৃই ॥২৬॥ মহারাজ! পাণ্ডুগী মচানিপা য়ায়মা কল্লবা ভীমসেননা কর্ণগী তেলশিং অদুবু তেল মাপম্না ককৃলগা সিংহনাদ কল্লা লাউখি ॥২৭॥ ঋতু লাক্লবী শম্বী অমগীদমক্ত শল্লাবা

স্বলঙ্কৃতং ক্ষিতৌ ক্ষুণ্ণং চেষ্টমানং যথোরগম্। রুদন্নার্ত্তস্তথ সূতং কর্ণশ্চক্রে প্রদক্ষিণম্ ॥৩৯॥
স তু তং বিরথং কৃত্বা স্মরন্নত্যন্তবৈরিণম্। সমাচিনোদ্বাণগণৈঃ শতঘ্নীমিব শঙ্কুভিঃ ॥৪০॥
তথাপ্যতিরথঃ কর্ণো ভিদ্যমানস্তু সায়কৈঃ। ন জহৌ সমরে ভীমং ক্রুদ্ধরূপং পরন্তপঃ ॥৪১॥
স তথা বিরথঃ কর্ণঃ পুনর্ভীমেন নির্জ্জিতঃ। রথমন্যং সমাস্থায় সদ্যো বিব্যাধ পাণ্ডবম্ ॥৪২॥
অথ কর্ণঃ শরব্রাতৈর্ভীমসেনং সমার্পয়ৎ। ননাদ বলবন্নাদং পুনর্বিব্যাধ চোরসি ॥৪৩॥
তং ভীমো দশভির্ব্বাণৈঃ প্রত্যবিধ্যৎ স্তনান্তরে। পুনর্বিব্যাধ বিংশত্যা শরাণাং নতপর্ব্বণাম্ ॥৪৪॥
কর্ণস্তু নবভির্ভীমং বিদ্ধা রাজন্! স্তনান্তরে। ধ্বজমেকেন বিব্যাধ সায়কেন শিতেন হ ॥৪৫॥
সায়কানাং ততঃ পার্থস্ত্রিষষ্ট্যা প্রত্যবিধ্যত। তোত্ত্রৈরিব মহানাগং কশাভিরিব বাজিনম্ ॥৪৬॥
সোঽতিবিদ্ধো মহারাজ! পাণ্ডবেন যশস্বিনা। সৃক্কণী লেলিহন্ বীরঃ কোপসংরক্তলোচনঃ ॥৪৭॥
ততঃ শরং মহারাজ! সর্ব্বকায়াবদারণম্। প্রাহিণোদ্ভীমসেনায় বলায়েন্দ্র ইবাশনিম্ ॥৪৮॥
স নির্ভিদ্য রণে পার্থং সূতপুত্রধনুশ্চ্যুতঃ। অগচ্ছদ্দারয়ন্ ভূমিং চিত্রপুঙ্খঃ শিলীমুখঃ ॥৪৯॥

---

দুর্জয়বু যমালয় য়্রোহনখি ॥৩৮॥ দুর্জয় শিখিবসি উবদা সুংঙাইতবনা মায়থোং লাংশল্লবা কর্ণ অসি, লালকম্ লৈমায় থক্তা লিলগুম্না মখোঙ মথুং ফ্রং ফ্রং কাওদুনা লৈরিবা, সনা লুপানা নীঙথিজনা লৈতেংলবা দুর্জযবু য়েংলোইননা কোয়বিখি ॥৩৯॥

রথয়াওদ্রবা, খোঙমীগুম্ তরক্ তরক্ লৈরবা কর্ণদা ভীমনা, মমাঙৈদা মহাক্না তৌথিবা অত্যাচার পুম্বদু নীঙশিংঙক্‌না, অশাউবনা ঈ কাখিদুনা, অমুক্ কাপ্নদা লাম্মী চামচাম হাংঙম্বা শতঘ্নী কৌবা তা অদুগা মান্ননা থৌরবা তেলঙাক্ত অতৎ অথম্ লৈতনা কর্ণদা কাপশিল্লকৃই ॥৪০॥ য়েক্লববু অরাবা পীঙম্বা, অতিরথী ওইরবা কর্ণ অসি ভীমসেনগী খুৎলায় ময়ামদুনা শাথিনা পাল্লবস্যু, খাঙঙম্‌দবা চৈনা কংলবস্যু ভীমবু থাদোক্‌খিদ্রে ॥৪১॥ ভীমগী মথুত্তা অমুক্‌স্যু মায়থীবা কংলবা কর্ণ অসি থুনায়াঙনা অতোপ্পা রথঅমদা চোংখৎখিদুনা ভীমগা মায়োক্নদুনা থৌরথৌরবা তেল্লা ভীমদা থাবা হৌরক্‌লে ॥৪২॥ ভীমদা কন্না থারগা, সিংহনাদ লাউদুনা অমুক্‌স্যু থৌরবা তেল অমুক্ থরনা ভীমগী থজীন্দা কন্না থাখি ॥৪৩॥ শাউরবা ভীমনা থৌরবা তেল তরানা কর্ণদা থারগা অমুকস্যু মাগী থবাক্তা মচীন্‌তুম্নবা তেলকুম্না থীনা থাখি ॥৪৪॥ মহারাজ! অদুদগী কর্ণস্যু তেল মাপন্না ভীমগী থবাক্ত থারগা থৌরবা তেল অমন' ভীমগী ফিরালদা থাখি ॥৪৫॥ অদুদগীদি শামুকাতী থারবা মায়ায় কারবা শাউরবা শামুগুম্বা, শাজৈথারবা মরিললৈরবা শগোলগুম্বা ভীমসেননা তেল্ হুক্‌হুমদোইনা কর্ণদা কন্না থাখি ॥৪৬॥ মিংচৎ চাউরবা ভীমনা য়াম্না লাকৃচনা তৌশিল্লকপত্না শাউবনা লৈকম্ খঙত্রবা কর্ণ অসি মমীৎ ঈ কাদুনা ময়া ক্রক্-ক্রক্ চীক্ত্না মচীনবান লেক্ত্না লৈখি ॥৪৭॥ মহারাজ! অদুদগী ওহাক্ বিচার তৌরগা, ইন্দ্রনা বলাসুরগী মথক্তা বজ্র থাজিল্লকপত্তুগুম্না, জীবপান্‌বপুম্বগী থরাই মাঙননবগী মশক্ ওইরবা তাগুম্বা শাংলবা তেল কর্ণনা ভীমতম্না কাপশিল্লকৃই ॥৪৮॥ শাংলবা লাংলবা থৌরবা তেল্ অদুনা পাইশিল্লক্ত্না ভীমগী

ততো ভীমো মহাবাহুঃ ক্রোধসংরক্তলোচনঃ। বজ্রকল্পাং চতুষ্কিষ্কুং গুর্বীং রুক্মাঙ্গদাং গদাম্
প্রাহিণোৎ সূতপুত্রায় ষড়স্রামবিচারয়ন্ ॥৫০॥
তয়া জঘানাধিরথেঃ সদশ্বান্ সাধুবাহিনঃ। গদয়া ভারত! ক্রুদ্ধো বজ্রেণেন্দ্র ইবাসুরান্ ॥৫১॥
ততো ভীমো মহাবাহুঃ ক্ষুরাভ্যাং ভরতর্ষভ!। ধ্বজমাধিরথেশ্ছিত্ত্বা সূতমভ্যহনচ্ছরৈঃ ॥৫২॥
হতাশ্বসূতমুৎসৃজ্য স রথং পতিতধ্বজম্। বিস্ফারয়ন্ ধনুঃ কর্ণস্তস্থৌ ভারত! দুর্ম্মনাঃ ॥৫৩॥
তত্রাদ্ভুতমপশ্যাম রাধেয়স্য পরাক্রমম্। বিরথো রথিনাং শ্রেষ্ঠো বারয়ামাস যদ্রিপুম্ ॥৫৪॥
বিরথং রথিনাং শ্রেষ্ঠং দৃষ্ট্বাধিরথিমাহবে। দুর্য্যোধনস্ততো রাজন্নভ্যভাষত দুর্ম্মুখম্ ॥৫৫॥
এষ দুর্ম্মুখ! রাধেয়ো ভীমেন বিরথীকৃতঃ। তং রথেন নরশ্রেষ্ঠং সম্পাদয় মহারথম্ ॥৫৬॥
দুর্য্যোধনবচঃ শ্রুত্বা ততো ভারত! দুর্ম্মুখঃ। ত্বরমাণোঽভ্যয়াৎ কর্ণং ভীমঞ্চাবারয়চ্ছরৈঃ ॥৫৭॥
দুর্ম্মুখং প্রেক্ষ্য সংগ্রামে সূতপুত্রপদানুগম্। বায়ুপুত্রঃ প্রহৃষ্টোঽভূৎ সৃক্কণী পরিসংলিহন্ ॥৫৮॥
ততঃ কর্ণং মহারাজ! বারয়িত্বা শিলীমুখৈঃ। দুর্ম্মুখায় রথং তূর্ণং প্রেষয়ামাস পাণ্ডবঃ ॥৫৯॥
তস্মিন্ ক্ষণে মহারাজ! নবভির্নতপর্ব্বভিঃ। সুমুখৈর্দুর্ম্মুখং ভীমঃ প্রেষয়ামাস মৃত্যবে ॥৬০॥

---

মশাদগী ফাওদোকৃখিত্রনা আসোম্‌রাংমদা লৈনুংদা মশক্ উদমথৈ চঙখি ॥৪৯॥ অদুদগী শাউবনা লৈফম্ খঙত্রবা ভীম অসি কদাইদা থারুগদগে হায়বা ককাসি থন্‌বা নংহৌদনা মাগী বজ্রগা মান্নবা, খুদুপমরি শাংবা, লুম্নবা, সনরুপ্প ফিনা য়েৎলবা, মগুং তরুক্ পানবা গদা অদু পায়খত্তূনা কর্ণরোমদা লংশিল্লকই ॥৫০॥ ভরতনন্দন মহারাজ! অত্তদগী গদা অদুনা পাইশিনখিত্রনা ইন্দ্রনা বজ্রনা অসুরশিংদু খুদক্ত মথৎ্াই লৌবদুগুম্না রথ চিংলিবা কর্ণগী শগোল মরি অদু হাৎখি ॥৫১॥ ভরতশাগেগী অথোইবা মহারাজ! অত্তদগী ক্ষুরগা মান্ননা থৌরবা তেলঅনীনা কর্ণগী ফিরাল অদু ককথত্তূনা থাদৈ। অত্তদগী তেল অমনা কর্ণগী সারথিবু হাৎখি ॥৫২॥ ভরতনন্দন! শগোল, সারথি, ফিরাল ককথ্রবদা কর্ণ অসি লৈমায়থক্ত খোঙকম্ চেৎনা লেপ্তূনা লৌরীবু নাকোং মরু ক্ষংনা চিংত্রনা ভীমলোমদা তেঙ্গা খোংত্রনা লৈখি ॥৫৩॥ মতম্ অসিদা কর্ণগী মথৌনা মরিল অমদি অঙকপা থবক্ হায়বরু খোঙমী ওইত্রনা লৈরবা মহাক্ কল্লবা, রথমথক্ত মহারথী ওইত্রনা লৈরিবা ভীমগা কন্না থেংনখি অসিনি ॥৫৪॥ মহারাজ! অসোমদা দুর্য্যোধন অসি কর্ণনা রথয়াওদনা লৈবদুউবদা দুর্ম্মুখদা হায়খি ॥৫৫॥ "দুর্ম্মুখ! ভীমনা কর্ণবু রথ য়াওহন্‌দ্রে। অদুনা নংথুনায়াঙনা কর্ণগী নাক্ত রথঅম থৌজিল্লু" ॥৫৬॥ মহারাজ! দুর্য্যোধনগী য়াথং তাবদা দুর্ম্মুখ অসি রথঅমদা কাখত্তূনা তেলকাপ্প কপ্পা কর্ণরোমদা থৌজিল্লকই ॥৫৭॥ দুর্ম্মুখনা চঙশিল্লকপদু উবদা ভীমসেন অসি শক্তী উবদা লাম্লবা কৈনা মতিন কূৎ কূৎ য়োৎপদুগুম্না মতীন কূংকূৎ য়োৎলি, হাৎনিংবনা মচীনবান থকথা অনীদু মরৈ তিংথোক্তূনা লেকই ॥৫৮॥ মহারাজ! ভীমনা তেনমপৈ অমনা কর্ণবু থিংত্রনা থনম্মগা দুর্ম্মুখতম্না ফুজিল্লকই ॥৫৯॥ মহারাজ! মতম অসিদা থৌরবা তেলমাপন মপা চুম্না কাপশিল্লক্তূনা ভীমনা খুদক্ত দুর্ম্মুখবু মথৎ্াই লৌখি ॥৬০॥

ততস্তমেবাধিরথিঃ স্যন্দনং দুর্ম্মুখে হতে। আস্থিতঃ প্রবভৌ রাজন্। দীপ্যমান ইবাংশুমান্ ।৬১।
শয়ানং ভিন্নমর্ম্মাণং দুর্ম্মুখং শোণিতোক্ষিতম্। দৃষ্ট্বা কর্ণোঽশ্রুপূর্ণাক্ষো মুহূর্ত্তমভ্যবর্ত্তত ।৬২।
তং গতাসুমতিক্রম্য কৃত্বা কর্ণঃ প্রদক্ষিণম্। দীর্ঘমুষ্ণং শ্বসন্ বীরো ন কিঞ্চিৎ প্রত্যপদ্যত ।৬৩।
তস্মিংস্তু বিবরে রাজন্। নারাচান্ গার্ধ্রবাসসঃ। প্রাহিণোৎ সূতপুত্রায় ভীমসেনশ্চতুর্দ্দশ ।৬৪।
তে তস্য কবচং ভিত্ত্বা স্বর্ণপুঙ্খা মহৌজসঃ। হেমচিত্রা মহারাজ! দ্যোতয়ন্তো দিশো দশ ।৬৫।
অপিবন্ সূতপুত্রস্য শোণিতং রক্তভোজনাঃ। ক্রুদ্ধা ইব মহারাজ! ভুজগাঃ কালচোদিতাঃ ।৬৬।
প্রসর্পমাণা মেদিন্যাং তে ব্যরোচন্ত মার্গণাঃ। অর্দ্ধপ্রবিষ্টাঃ সংরব্ধা বিলানীব মহোরগাঃ ।৬৭।
তং প্রত্যবিধ্যদ্রাধেয়ো জাম্বূনদবিভূষিতৈঃ। চতুর্দ্দশভিরত্যুগ্রৈর্নারাচৈরবিচারয়ন্ ।৬৮।
তে ভীমসেনস্য ভুজং সব্যং নির্ভিদ্য পত্রিণঃ। প্রাবিশন্ মেদিনীং ভীমাঃ ক্রৌঞ্চং পত্ররথা ইব ।৬৯।
তে ব্যরোচন্ত নারাচাঃ প্রবিশন্তো বসুন্ধরাম্। গচ্ছত্যস্তং দিনকরে দীপ্যমানা ইবাংশবঃ ।৭০।
স নির্ভিন্নো রণে ভীমো নারাচৈর্মর্ম্মভেদিভিঃ। সুস্রাব রুধিরং ভূরি পর্ব্বতঃ সলিলং যথা ।৭১
স ভীমস্ত্রিভিরায়স্তঃ সূতপুত্রং পতত্রিভিঃ। সুপর্ণবেগৈর্বিব্যাধ সারথিঞ্চাস্য সপ্তভিঃ ।৭২।

মহারাজ! দুর্ম্মুখ শিথ্রব তুংদা মাগী রথ অদুদা কাখৎতুনা কর্ণ অসি মশেক্‌মঙাম্না নুমিৎকী মতৌঙুম্ থোইনা নিংথিরে ॥৬১॥ মথবাক্ থিনগাইখিদুনা ঈহং নাইহং শায়বা,-লাল্‌কম্‌লৈমায় থক্ত তুরবা দুর্ম্মুখবু উবদা, মপি তয়ং তয়ং চেন্দুনা ওহাক্তং কর্ণ অসি তুমিন্ন য়েংদুনা লৈ। ॥৬২॥ কল্লব' কর্ণনা নুংশামপী হোন্দুনা তৌকম্ খঙদনা লৈ। শিরবা দুর্ম্মুখবু কর্ণনা য়েৎলোইননা কোয় ॥৬৩॥ অমুম্ তৌরিঙৈদা লাঙজা মতুনা তেম্না পান্‌বা থোরবা তেল্ তরামরি শন্থ়না ভীমনা কর্ণদা কন্না থাখি ॥৬৪॥ তেল্‌গী মরুংদা সনা হৎলবা য়েৎতুম্ মচীন্ শাবা তেল্‌শিং অদুনা কর্ণগী কবচদগী ফাওদোক্‌খিদুনা মায়গৈ পূম্বা পূমঙাল্ ঙাল্‌হন্দুনা ফাওদোক্‌খি ॥৬৫॥ মহারাজ! কাল কৌবা লাইনা থায়ক্‌পা লিল্‌গী মতৌঙুম্ মহূপুরবা তেল্‌শিং অদুনা কর্ণগী মশাগী ঈবু মবুক্ থম্না থক্‌খি ॥৬৬॥ চাউশাংলবা—লংলবা লিলশিংনা তংখাই অমনা লৈনুংদা চঙশ্রগা তংখাই অমময়া লৈমায়থক্ত থিনগত্থ়না লৈবদুঙুম্না কর্ণগী হক্‌চাংদগী ফাওদোক্‌থ্রবা তেল্‌শিং অড়না তংখাই অমময়া লৈনুংদা চঙখিদুনা লৈবদু য়েংবদা থোইনা ফজে ॥৬৭॥ অদুদগী কর্ণনু পাখৎখিদুনা কনাদা মপা চুম্না কাপ্‌কদৌরিবনো হায়বদু ঈয়েং'য়েংদনা; সনাহৎলবা, অকিবগী মশক্ ওইরবা তেল্ তরামরি কাপ্থ়না ভীমদা কন্না থাথি ॥৬৮॥ তেল্‌শিং অদুনা ভীমগী পাখোম্‌দগী লীথোক্‌খিত্থ়না উচেক্‌শিংনা ক্রৌঞ্চ কোবা চীঙজাওদা পাইশিন্নখিবঙুম্ লৈনুংদা চঙখি ॥৬৯॥ নুমিৎনা চীঙ্‌মকম্‌দা হেক্ লৈথখিবদা মশেক্না মথক্‌লোম্‌দা হাইদো-রক্‌পদুঙুম্না ঈ তৈরবা তেল্‌শিং অদুনা লৈনুংদা য়ুং-য়ুংদুনা লৈবদু য়েংবদা থোইদোক্না নীঙথিজে ॥৭০॥ ভীমসেন অসি মতম্ অদুদা লাল্‌কম্‌দা থম্মোয়কায়রবা তেম্না পান্‌বদা ঈহং নাইহং শাদুনা, ঙাঙ্‌লবা চীঙ্‌জুম্‌না চীঙ্‌থক্তগী ওয়োয়োয়ো চেম্থরক্‌পা অথঙুম্না ঈগী থারা কয়াবু

স বিহ্বলো মহারাজ! কর্ণো ভীমশরাহতঃ। প্রাদ্রবজ্জবনৈরশ্বৈ রণং হিত্বা মহাভয়াৎ ॥৭৩॥
ভীমসেনস্তু বিস্ফার্য্য চাপং হেমপরিষ্কৃতম্। আহবেঽতিরথোঽতিষ্ঠজ্জ্বলন্নিব হুতাশনঃ ॥৭৪॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে ভীমপ্রবেশে পুনঃ কর্ণপলায়নে
ষোড়শাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

——:0:——

মশাদগী চেপ্পহনখি ॥৭১॥ শাথিনা চৈনা কংলবা ভীমনা, মশাশোক্লবা গরুড়গী মতৌগুম্না অশাউবনা মমিত্ত ঈ কাহুনা কর্ণদা খোরবা তেল্ অহুম্না সারথীদা তরেৎনা . কন্না থাখি ॥৭২॥ মহারাজ! অকোন্বদা ভীমনা কাপ্লকপা তেল্ অসিনা শাথিনা পান্মন্খিহুনা য়াম্না কিখিহুনা কর্ণ অসি রথগী শগোল্ অহু কন্না থৌহুনা লাল্কম্দগী লাপ্ল চেনখি ॥৭৩॥ মতম্ অসিদা ভীম অসি শাংলবা মাগী লীকং অহৃদ লীরৌ চিংহুনা চাক্লবা মৈবুল্ অমগী মতৌগুম্না খোইনা ফজনা, অকিবফংনা চপ্ লেপ্পুনা লৈখি ॥৭৪॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক্লিশিংচাম্না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মফুংদা ভীমপ্রবেশগী মতাংদা "কর্ণপলায়নগী" চামতরাতরুক্শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

———

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তদশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামতরাতরেৎশুবা অধ্যায়।

( দ্রোণপর্ব্বগী মফুংদা ভীমগী লাল )

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

দৈবমেব পরং মন্যে ধিক্ পৌরুষমনর্থকম্। যত্রাধিরথিবায়ত্তো নাতরৎ পাণ্ডবং রণে ॥১॥

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! "নিপা খোকপা, নিপা খোক্ল থবক্ তৌবা,"—হায়বসিবু ঐনা হন্ন হন্না ধিক্কার তৌরি। "মরায়বক্ত তম্খিবা" হায়বসিনা অখোইবনি হায়না খল্লি। মরায়বক্তবু মতম্খিক্রবদা মহে হৈবা-মপাঙ্গল হায়বসিনা করিমত তৌব ঙমদে। মাসিগী খুদম

কর্ণঃ পার্থান্ সগোবিন্দান্ জেতুমুৎসহতে রণে। ন চ কর্ণসমং যোধং লোকে পশ্যামি কঞ্চন।
ইতি দুর্য্যোধনস্যাহমশ্রৌষং জল্পতো মুহুঃ ॥২॥

কর্ণো হি বলবান্ শূরো দৃঢ়ধন্বা জিতক্লমঃ। ইতি মামব্রবীৎ সূত! মন্দো দুর্য্যোধনঃ পুরা ॥৩॥
বসুদেবসহায়ং মাং নালং দেবাপি সংযুগে। কিমু পাণ্ডুসুতা রাজন্! গতসত্ত্বা বিচেতসঃ ॥৪॥
তত্র তং নির্জ্জিতং দৃষ্ট্বা ভুজঙ্গমিব নির্বিষম্। যুদ্ধাৎ কর্ণমপক্রান্তং কিং স্বিদ্দুর্য্যোধনোঽব্রবীৎ ॥৫॥
অহো! দুর্ম্মুখমেবৈকং যুদ্ধানামবিশারদম্। প্রাবেশয়দ্ধুতবহং পতঙ্গমিব মোহিতঃ ॥৬॥
অশ্বত্থামা মদ্ররাজঃ কৃপঃ কর্ণশ্চ সঙ্গতাঃ। ন শক্তাঃ প্রমুখে স্থাতুং নূনং ভীমস্য সঞ্জয়! ॥৭॥
তেঽপি চাস্য মহাঘোরং বলং নাগাযুতোপমম্। জানন্তো ব্যবসায়ঞ্চ ক্রূরং মারুততেজসঃ ॥৮॥
কিমর্থং ক্রূরকর্ম্মাণং যমকালান্তকোপমম্। বলসংরম্ভবীর্য্যজ্ঞাঃ কোপয়িষ্যন্তি সংযুগে ॥৯॥ (যুগ্মকম্)
কর্ণস্ত্বেকো মহাবাহুঃ স্ববাহুবলমাশ্রিতঃ। ভীমসেনমনাদৃত্য রণেঽযুধ্যত সূতজঃ ॥১০॥
যোঽজয়ৎ সমরে কর্ণং পুরন্দর ইবাসুরম্। ন স পাণ্ডুসুতো জেতুং শক্যঃ কেনচিদাহবে ॥১১॥

হায়বরু ফনথাম্ন কন্ন হোৎনদুনস্থ কর্ণনা কারস্থ লৈত্রবা ভীমবু মায়থীবা পীবা ঙম্‌দে" ॥১॥ কর্ণ হাযবদু'দ লান্দা বৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমপুবস্থ জয তৌব ঙম্বান। সঞ্জয়! "ঐনা জগৎ অসিদা কর্ণগা মান্নবা কনবটৈবা অম উদ্রে"—অস্নুম্ হাযনা দুর্য্যোধননা হন্ন হন্না হায়বদো। ঐ ফন যান্ন তোয়না তাখি ॥২॥ "কর্ণ হায়বসি থোইনা কল্ল, মথুং চেৎলি, মথুৎ থুই, মরিল লৈ, অরাব চোকথবা খঙদে'—অস্নুম্ হায়না পঙলবা দুর্য্যোধন অসিনা ঐঙোন্দা হন্না হন্না হায়খি ॥৩॥ দুর্য্যোধননা ঐঙোন্দা অস্নুমস্থ হায়খি—পাবুং মহারাজ! কর্ণ হায়বসিনবু ঐগী নাক্ত মরৈরবদি লাইযাম্নমক্লস্থ ঐবু জয় তৌব ঙম্মোই। অদুনদি পাণ্ডবরবা পঙলবা পাণ্ডুগী মচাশিং অসিনা ঐঙোন্দা কৈদৌজবনি"—॥৪॥ তো, অদুনা সঞ্জয়! মদু-মরৈ থদৎপিরবা লিলগুম্না কর্ণনা ভীমগী মথুক্তা মাযথীব ফংদুনা চেন্থরবাসদা অদুগুম্বা পঙলবা দুর্য্যোননা করি অমুক হায়রি করি অমুক তৌগে খল্ল? ॥৫॥ ওন্থোকপানিদা। ফত্রবা দুর্য্যোধননা, লান্দা থোইনা হৈত্রিবা, অদুগুম্বা ওইরিবা দুর্ম্মুখগা দুর্জ্জযগা অনীবু মৈনুংদ মৈরানবী গাঞ্জিনাখবগুম্ লাকম্‌দা মথংদা মাঙননবা থাজিন-বিরবোরে। ॥৬॥ সঞ্জয়! অদুগুম্বা মখোয়দি হাযকরনু, অশ্বত্থামা, শল্য, কৃপ কর্ণ মখোয়সিনা পুল্লপ্পা চঙথরবস্থ ভীমগী মমাঙদ লেপ্প ঙম্মরোইদোবনি ॥৭॥ মুংশংকী মতৌগুম্না শাক্তু কল্লবা তেঞ্জ লৈরবা; শামুলিশিং তবাগী পাঙ্গল কনবা আকবা ফংলবা হকচাংগী পাঙ্গল পুরবা, অঙ্গনকনবা, মীনা লাক্‌তব যাদবা শাউগনবা, মবৌনা মারল লৈবা, ধর্ম্ম খংব, ভীম মাগী মগুণদি কৌরবকী হায়রিবা অকনবাশিং অসিনা লোইনা খঙবনি। অদুনদি মখোয়নদি করম্না ভীমগী অশাউবা পোক্‌হন্দুনা মাগা শোক্লনি? ॥৮-৯॥ অদুদা, সঞ্জয়! হায়রিবশিংসিগী মগুংদা সূতগী মচা অকনবা কর্ণতদি মশাগী পাখোম্‌গী পাঙ্গল্লা, লোইনা থৌশাকদনা ভীমগা মতম কুইনা থেংনখি ॥১০॥ ইন্দ্রনা অকনবা অসুরবু জয় তৌবদুগুম্না ভীমনা কর্ণবু জয়

দ্রোণং যঃ সংপ্রমথ্যৈকঃ প্রবিষ্টো মম বাহিনীম্। ভীমো ধনঞ্জয়ান্বেষী কস্তমচ্ছেজ্জিজীবিষুঃ ॥১২॥
কো হি সঞ্জয়। ভীমস্য স্থাতুমুৎসহতেঽগ্রতঃ। উদ্যতাশনিহস্তস্য মহেন্দ্রস্যেব দানবঃ ॥১৩॥
প্রেতরাজপুরং প্রাপ্য নিবর্ত্তেতাপি মানবঃ। ন ভীমসেনং সংপ্রাপ্য নিবর্ত্তেত কদাচন ॥১৪॥
পতঙ্গা ইব বহ্নিং তে প্রাবিশন্নল্পচেতসঃ। যে ভীমসেনং সংক্রুদ্ধমভ্যধাবন্ বিমোহিতাঃ ॥১৫॥
যত্তৎ সভায়াং ভীমেন মম পুত্রবধাশ্রয়ম্। শপ্তং সংরম্ভিণোগ্রেণ কুরূণাং শৃণ্বতাং তদা ॥১৬॥
তন্নূনমভিসঞ্চিন্ত্য দৃষ্ট্বা কর্ণঞ্চ নির্জ্জিতম্। দুঃশাসনঃ সহ ভ্রাত্রা ভয়াদ্ভীমাদুপারমৎ ॥১৭॥ (যুগ্মকম্)
যশ্চ সঞ্জয়! দুর্ব্বুদ্ধিরব্রবীৎ সমিতৌ মুহুঃ। কর্ণো দুঃশাসনোঽহঞ্চ জেষ্যামো যুধি পাণ্ডবান্ ॥১৮॥
স নূনং বিরথং দৃষ্ট্বা কর্ণং ভীমেন নির্জ্জিতম্। প্রত্যাখ্যানাচ্চ কৃষ্ণস্য ভৃশং তপ্যতি সঞ্জয়! ॥১৯॥
(যুগ্মকম্)

দৃষ্ট্বা ভ্রাতৄন্ হতান্ যুদ্ধে ভীমসেনেন দংশিতান্। আত্মাপরাধে সুমহন্নূনং তপ্যতি পুত্রকঃ ॥২০॥
কো হি জীবিতমন্বিচ্ছন্ প্রতীপং পাণ্ডবং ব্রজেৎ। ভীমং ভীমায়ুধং ক্রুদ্ধং সাক্ষাৎ কালমিব স্থিতম্ ॥২১॥
বড়বামুখমধ্যস্থো মুচ্যেতাপি হি মানবঃ। ন ভীমমুখসংপ্রাপ্তো মুচ্যেতেতি মতির্মম ॥২২॥

---

তৌখ্রে; মাসিদা কনানো ভীমগী মাঙদা লেপ্কদবসি? ॥১১॥ মনাও অর্জ্জুনবু লালক্ত থিরকপা ভীমনা মথন্তনা লাম্মী ময়াম নৈহৎতুনা দ্রোণবু জয় তৌখি। অদুগুম্না ভীমগী মমাঙদা, হিংনিংবা কনানো হায়য়ু সঞ্জয়! লেপকৃদবা! ॥১২॥ মথুক্তা বজ্র পায়রবা ইন্দ্রগী মমাঙদা লেপলুবা অসুরগুম্ব কনানা ভীমগী মমাঙদা লেপপুগদৌরিবনো? ॥১৩॥ যমরাজগী মাঙ্গোল কারুরবা মীসু মপুনশি লৈরগা মহল্লকপ য়াওই; অদুগা ভীমগী মনাক্ য়োরুরবা মহাক্তি কনগে কল্লু শোনগে শোল্লু অমুক হিংদুনা হল্লকপা মরৈব্রে ॥১৪॥ কৌজেং হারৌ মৈরান-বীশিংনা মবুদ্ধি লৈতহনা মৈনুংদা চোংশিনবগুম্ মবুদ্ধি লৈতবা অপাণ্ডবশিংনা কল্লি হায়ন্থুনা ভীমগী নাক্তা চঙ্শিঞ্জবনি ॥১৫॥ অদুদৈ সভা মমাঙদা অকিবগী মশকফংনা পীগুম্ শৃক্তোক্কুনা শাউথ্রবা ভীমনা রাশকখিবদো হৌজিক্ত নীংশিঙলক্কুনা অদুগা কর্ণমক্তা মায়থীবা ফংখিবদু উত্না দুঃশাসননা ময়াম্বা দুর্য্যোধনগা লোয়নবা ভীমনা লৈবা মফম্দগী নীঙহন্নরকপনীদো ॥১৬-১৭॥ এনা অস্মুম্ খনবদা, চৌবরগী সভা ময়ায়দা "এ, কর্ণ দুঃশাসন এখোয় অহুমত্তনা পাণ্ডবশিংবু জয় তৌবা ঙম্গনি" অস্মুম্না হন্ন হন্ন নাপলগা লোয়ননা হায়খিবা দুর্য্যোধন হৌজিক্তি ভীম মথন্তনা মখোয়বুত নত্তনা অতৈবুস্থ মায়থীবা পীখিবসি উবদা থোক্তনা অনুতাপ তৌরম্নিনি ॥১৮-১৯॥ পঙ্কলধা কত্রবা দুর্য্যোধননা লালগী ফিজেৎনা লৈত্তেংলবা মনাওশিংবু ভীমনা ঈরায় লায়না হাৎখিব উৎদা মশানা তৌজখিবা কুকর্ম্ম অদুগী দমক থোক্তনা অনুতাপ তৌরকলারিনিক্তো ॥২০॥

সংসারদা মতম খর হিংহুনা লৈনিঙবা করম্ব মীনা অকিবগী মশক্ ফংলবা থুৎলায় পায়বা কল্লবা যমগী মশক্ ওইরবা ভীমগী মমাঙদা লোপপৃগদগে? ॥২১॥ সমুদ্র ঈয়ায়দা চাক্লিবা বড়বানল কৌবা মৈগী মনুংদা চোংশিল্লুরবস্থ করিগুম্বা উপায়না হিংবস্থ য়াই; ভীমদা চেন্শিল্লুরবা মীদো

ন পার্থা ন চ পাঞ্চালা ন চ কেশবসাত্যকী। জানতে যুধি সংরব্ধা জীবিতং পরিরক্ষিতুম্।
অহো মম সুতানাং বিপন্নং সুত! জীবিতম্॥২৩॥

## সঞ্জয় উবাচ।

যঃ সংশোচসি কৌরব্য! বর্ত্তমানে মহাভয়ে। ত্বমস্য জগতো মূলং বিনাশস্য ন সংশয়ঃ॥২৪॥
স্বয়ং বৈরং মহৎ কৃত্বা পুত্রাণাং বচনে স্থিতঃ। উচ্যমানো ন গৃহ্লীষে মর্ত্ত্যঃ পথ্যমিবৌষধম্॥২৫॥
স্বয়ং পীত্বা মহারাজ! কালকূটং সুদুর্জরম্। তস্যেদানীং ফলং কৃৎস্নমবাপ্নোহি নরোত্তম।॥২৬॥
যত্তু কুৎসয়সে যোধান্ যুধ্যমানান্ যথাবলম্। তত্র তে বর্ণয়িষ্যামি যথা যুদ্ধমবর্ত্তত॥২৭॥
দৃষ্ট্বা কর্ণস্তু পুত্রাস্তে ভীমসেনপরাজিতম্। নামৃষ্যন্ত মহেষ্বাসাঃ সোদর্য্যাঃ পঞ্চ ভারত।॥২৮॥
দুর্ম্মর্ষণো দুঃসহশ্চ দুর্ম্মদো দুর্দ্ধরো জয়ঃ। পাণ্ডবং চিত্রসন্নাহাস্তং প্রতীপমুপাদ্রবন্॥২৯॥
তে সমন্তান্মহাবাহুং পরিবার্য্য বৃকোদরম্। দিশঃ শরৈঃ সমাবৃণ্বন্ শলভানামিব ব্রজৈঃ॥৩০॥
আগচ্ছতস্তান্ সহসা কুমারান্ দেবরূপিণঃ। প্রতিজগ্রাহ সমরে ভীমসেনো হসন্নিব॥৩১॥
তব দৃষ্ট্বা তু তনয়ান্ ভীমসেনপুরোগতান্। অভ্যবর্ত্তত রাধেয়ো ভীমসেনং মহাবলম্॥৩২॥

---

হিংহুনা অমুক্ হল্লকপা ভম্মরোই হায়না খল্লি ॥২২॥ পাণ্ডবশিং, পাঞ্চালশিং, কৃষ্ণ সাত্যকি—মখোয় অসি য়েক্নবশিংগী থরাই কনবা অমত্তা হৈতমাল্লে হায়না খল্লে। আঃ! ওস্থোকপনিংদকো সঞ্জয়! তৌজিক্তি ঐগী ঈচাশিং থরা লৈদ্নিবশিংসগী মপুনশিসে অরাবা খুদোংথীবদা তারেদকো ॥২৩॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! মহারাজনা তৌজিক্ চিংনবিরিবা কিবিরিবা অকিবগী মশক্ ওইরবা খুদোংথীবসে মাসগী হৌকম্ মরুদি মহারাজমক্লি। মাসিদা থোইনা চিংনকম্ লৈত্রবনি ॥২৪॥ মহারাজনা নচাঈবুংঙোশিংনা হায়বহুত য়াবিখিবদগী, মহারাজ নশামক্কী য়েক্নবমশীং য়ামহন-খিহুনা শিরমদাই য়েরবগী মকমদা মমল য়াম্বা হিদাকনস্থু করিনতা কান্নদবা, অদুগা শিগদৌরবা অহুনস্থু চানিংদবা অদুগুম্না, মহারাজনা কনামতগী কান্নবা মমলয়াম্নবা পাউতাক্পু নাকোংদা হাপ্লিখিদে ॥২৫॥ মহারাজ! খঙন খঙনা কালকূট কৌবা হূবু চারুবগী মহৈ অদু হৌজিক ফংবিয়ু। হৌজিক্ত নীঙঙমক্তবসিনদি করিমত ওইররোই ॥২৬॥ কল্লবা কৌরবকী লান্মীশিং অসিনা মাগী মাগী ভম্বা শক্তিনা লান্থেংনরম্লগা মথ্ৎ থাখি। মখোয় অদুবু তৌজিক মহারাজনা নিন্দা তৌবিরি। মখোয়না করম ওায়না শোক্লখিবগে হায়বদো ঐ লীথজরক্কে ॥২৭॥ মহারাজ ভীমনা কর্ণবু মায়থীবা পীখিবত্ উবদা নচাঈবুংঙো মখোয় মচীনমনাও মঙাঅসি য়াম্না খুংঙাইরকত্রে য়েংহুনা লৈবা ভম্মকত্রে ॥২৮॥ অদুদগী'দ দুর্ম্মর্ষণ, দুঃসহ, দুর্ম্মদ, দুর্দ্ধর জয়—হায়রিবা মচীন মনাও মঙাসিনা ভীম তম্না চঙশিল্লকই ॥২৯॥ মখোয় মঙা অসিনা মায়থৈগে মরিদা লেপ্তুনা অতৎ অথম্ লৈতনা কৌজেংগী মপৈ মপৈগুম্বা বজ্রগুম্ থোরবা তেলগী মপৈ মপৈবু ভীমদা কাপাশিল্লকই ॥৩০॥ লাইমচাগুম্বা মখোয় মঙা অসিনা পুল্লপ্না হৌহুনা চঙশিল্লকপদু উবদা, ভীমনা নোক-নোক্তুনা মখোয় মঙাগা পুল্লপ্ লাম্বা ওইহুনা শোক্লখি ॥৩১॥ মখোয় মঙাগা থেংনরিঙৈ

ব্যসৃজন্ বিশিখাংস্তীক্ষ্মান্ স্বর্ণপুঙ্খান্ শিলাশিতান্। তস্ত ভীমোঽভ্যয়াত্তূর্ণং বার্য্যমাণঃ সুতৈস্তব ॥৩৩॥
( যুগ্মকম্ )

কুরবস্তু ততঃ কর্ণং পরিবার্য্য সমন্ততঃ। অবাকিরন্ ভীমসেনং শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ॥৩৪॥

তান্ বাণৈঃ পঞ্চবিংশত্যা সাশ্বান্ রাজন্। নরর্ষভান্। সসূতান্ ভীমধনুষো ভীমো নিন্যে যমক্ষয়ম্ ॥৩৫॥

প্রাপতন্ স্যন্দনেভ্যস্তে সার্দ্ধং সুতৈর্গতাসবঃ। চিত্রপুষ্পধরা ভগ্না বাতেনেব মহাদ্রুমাঃ ॥৩৬॥

তত্রাদ্ভুতমপশ্যাম ভীমসেনস্য বিক্রমম্। সংবার্য্যাধিরথিং বাণৈর্যজ্জঘান তবাত্মজান্ ॥৩৭॥

স বার্য্যমাণো ভীমেন শিতৈর্বাণৈঃ সমন্ততঃ। সুতপুত্রো মহারাজ! ভীমসেনমবৈক্ষত ॥৩৮॥

তং ভীমসেনঃ সংরম্ভাৎ ক্রোধসংরক্তলোচনঃ। বিস্ফার্য্য সুমহচ্চাপং মুহুঃ কর্ণমবৈক্ষত ॥৩৯॥

তবাত্মজাংস্তু পতিতান্ দৃষ্ট্বা কর্ণঃ প্রতাপবান্। ক্রোধেন মহতাবিষ্টো নির্বিণ্ণোঽভূৎ স জীবিতে ॥৪০॥

আগস্কৃতমিবাত্মানং মেনে চাধিরথিস্তদা। যৎ প্রত্যক্ষং তব সুতা ভীমেন নিহতা রণে ॥৪১॥

স ভীমং পঞ্চভির্বিদ্ধা রাধেয়ঃ প্রহসন্নিব। পুনর্বিব্যাধ সপ্তত্যা স্বর্ণপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ ॥৪২॥

অবিচিন্ত্যাথ তান্ বাণান্ কর্ণেনাস্তান্ বৃকোদরঃ। রণে বিব্যাধ রাধেয়ং শতেনানতপর্ব্বণাম্ ॥৪৩॥

---

মতম অসিদা কর্ণনা তেন্না অতৎ অথম্ সৈতনা কাপ্শিল্লক্না ভীম তম্না চেল্শিল্লকই। ভীমনা মতম অদুদা মচীনমনাও মঙাসিনা কাপশিল্লকপা তেলশিং অদু খিংদুনা ককথৎতুনা কর্ণতম্না ফুজিল্লকই মহারাজ! নচা ঈবুঙো মঙাসিনা ফনয়াম্মদি খিংঙিথৎলি হায়ববু ভীমনা মখোয়বু নম্থেক্লম্দুনা কর্ণগী নাক্তাম্ন চঙ্শিনখ্রে ॥৩২-৩৩॥ অদুদগীদি কৌরবলাম্নীময়াম্ অমস্তু কর্ণবু কোয়শিন্দুনা থম্লগা ভীমদা মায়গৈ মরিদগী অতৎ অথম্ লৈতনা খুংলায় মথল্ কাপশিল্ লংশিল্লক্লে ॥৩৪॥! মহারাজ মতম অসিদা ভীমনা মখোয়গা শোক্নশোক্ননা নচাঈবুঙোশিং কল্লবা মচীন্মনাও মঙাবু তেল কুন্মঙানা মাগী শগোল মরি মরিগা লোয়নননা সারথিশিংগা কোম্ননা থুদক্তা মথ্বাই লৌখি ॥৩৫॥ মতম্ অদুদা কল্লবা সুংশিংকী ঈপোম্ অমনা হুমদোক্নুনা তুরবা, মনামপাম্না থল্লবা উজাউ মঙানা পুল্লপ্না চীঙথক্তগী ওন্থরক্পগুম্না মখোয়মঙা অসিমথ্বাই য়াওদনা মাগী মাগী রথদগী লাল্কম্ লৈমায়থক্ত হাইথনখি ॥৩৬॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা ভীমগী অঙকপা থবক্ হায়ববু তেল অহুম্তনা কর্ণবু ঙাকথোক্নুনা অমুক হাইজিল্লকপা য়াদনা থনম্মগা চৈরক অদুদা নচাঈবুঙোবু পুল্লপ্ন হাৎখিবা অসিনি ॥৩৭॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা ভীমসেননা থৌরথৌরবা তেলমক্তনা মায়গৈপুম্বা পুম্মম্মম্না কাপশিল্লকপসি উবদা কর্ণনা চপ্লেপ্নুনা মমীৎখানা ভীমদা য়েংত্নুনা লৈ ॥৩৮॥ অদুদগী ভীমসু অশাউবনা মমীত্তা ঈ কাখিদুনা লীরীকন্ন চিংদুনা মমীৎকৃপ্নুনা য়াম্না থানা কর্ণদা য়েংত্নুনা লৈ ॥৩৯॥ মতীকমগুণ চাউরবা, মশক মতৌ ফজরবা লিংথোমচা মঙানা পুল্লপ্না মথ্বাই থাখিবসি উবদা কর্ণনা মশামথন্তবু খিক্লায় তৌখি ॥৪০॥ মহারাজ! মতমঅসিদা কর্ণসু, থোকখিবা থৌদোকপুম্বসি মশানা তৌখিবা কুকর্ম্মশিংদুগী মহৈননি হায়বসি থনখি। মরমদি, মহাক্কী মমাঙমক্তদা ভীমসেন মথন্তনা মহারাজগী নচাঈবুঙোশিংবু হাৎখি ॥৪১॥ অদুদগী কর্ণনা নোক্ন নোক্ন থৌরবা তেল মঙানা ভীমদা থাবগা অমুকসু সনানতেন্খোক্ত

পুনশ্চ বিশিখৈস্তীক্ষ্ণৈর্বিদ্ধা মর্ম্মসু পঞ্চভিঃ। ধনুশ্চিচ্ছেদ ভল্লেন সুতপুত্রস্য মারিষ ॥৪৪॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় কর্ণো ভারত দুর্ম্মনাঃ। ইষুভিশ্ছাদয়ামাস ভীমসেনং পরন্তপঃ ॥৪৫॥
তস্য ভীমো হয়ান্ হত্বা বিনিহত্য চ সারথিম্। প্রজহাস মহাহাসং কৃতে প্রতিকৃতে পুনঃ ॥৪৬॥
ইষুভিঃ কার্ম্মুকঞ্চাস্য চকর্ত্ত পুরুষর্ষভঃ। তৎ পপাত মহারাজ। স্বর্ণপৃষ্ঠং মহাস্বনম্ ॥৪৭॥
অবারোহদ্রথাত্তস্মাদথ কর্ণো মহারথঃ। গদাং গৃহীত্বা সমরে ভীমায় প্রাহিণোদ্রুষা ॥৪৮॥
তামাপতন্তীমালোক্য ভীমসেনো মহাগদাম্। শরৈরবারয়দ্রাজন্। সর্ব্বসৈন্যস্য পশ্যতঃ ॥৪৯॥
ততো বাণসহস্রাণি প্রেষয়ামাস পাণ্ডবঃ। সুতপুত্রবধাকাঙ্ক্ষী ত্বরমাণঃ পরাক্রমী ॥৫০॥
তানিষূনিষুভিঃ কর্ণো বারয়িত্বা মহামৃধে। কবচং ভীমসেনস্য পাটয়ামাস সায়কৈঃ ॥৫১॥
অথৈনং পঞ্চবিংশত্যা নারাচানাং সমার্পয়ৎ। পশ্যতাং সর্ব্বসৈন্যানাং তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৫২॥
ততো ভীমো মহাবাহুর্নবভির্নতপর্ব্বভিঃ। প্রেষয়ামাস সংক্রুদ্ধঃ সুতপুত্রস্য মারিষ। ॥৫৩॥
তে তস্য কবচং ভিত্ত্বা তথা বাহুঞ্চ দক্ষিণম্। অভ্যাগর্দ্ধরণীং তীক্ষ্ণা বল্মীকমিব পন্নগাঃ ॥৫৪॥

---

তাংজগা স্রোথৌনা মথৌ শঙজনবা তেকা তম্মতরানা ভীমদা পাখি ॥৪২॥ ভীমস্থ কর্ণগী তেলাশিংঅহুনা মীবা চৈনাখোল অহুন্ কারমত থৌশাদনা থৌরব তেল চামনা অমুক্তদা কাপথোরক্লুনা কর্ণদা কঙা থাখি ॥৪৩॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক ওইরবা মহারাজ! অত্তদগী ভীমনা অমুকস্থু শাখিনা থৌরবা তেলমঙানা কর্ণগী খঙীন্দ থারগা, তামচানশাবা তেলঅমনা কর্ণগী লীরুং অহু খুহুমনথকমক্তদা ককথখাখ ॥৪৪॥ ভরতনন্দন! য়েক্কবডম্মনবা, হনগন্দবা কর্ণনা অতোপ্পা লীরুং অম থুনা পায়খতুনা, তেল মনম্মনম্ কাপাশল্লক্তুনা ভীমপু তেক্তনা পূময়োম্ য়োম্‌ংলখ্রে ॥৪৫॥

মতম্ অহুদা ভীমনা কর্ণগী সারথিঅহুগা শগোল মরিগা হাত্তোক্লগা কর্ণগী মখমদা মানা থারকপদুগী চপচানা খুংহন্দুনা কাকফাক্ নোকলকই ॥৪৬॥ মহারাজ! মতৌঅদুগুমা নিপা অশোইবা ভীমসেননা কর্ণগী লীরুংদু ককথখলগা থাদরকপা মতমঅহুদা লীরুং তাতুনা তেকনা যামা মথোঙা তৌনা লৈমায়দা তাই ॥৪৭॥ মতম্অহুদা কর্ণনা মাগী শগোলসারথি যাওদ্রবা রথঅহুদগী চোংথতুনা মখুত্তা গদা অম পায়খতুনা ভীমস্তা প্রপ্রাপ চেনাশিল্লকই গদা অদু ভীমত্তা মপাদুনা লাকুনা লাশিল্লকই ॥৪৮॥ মহারাজ! পাইশিল্লকলিবা গদা অদু উবনা ভীমসেননা য়াম্ খুংলে থুনা তেলমনম্ মনম্ কাপাশল্লতুনা খিতুনা থমখি ॥৪৯॥ মরক অদুদা কল্লবা ভীমসেননা কর্ণবু মহাংলগেহায়না খন্দুনা অতেৎঅশমদৈতনা থৌরখৌরবা তেল খুৎলায়মক্তা কর্ণরোমদা কাপশিল্ল লাংশিল্লকলে ॥৫০॥ কর্ণনা ভীমগী তেল মথাম অহুবু ককথতুনা থাদরগা, থৌরবা তেলমপৈঅম কাপাশল্লক্তুনা ভীমগী মশাদা লীৎশিনবা কবচ অদু খিনগাইখি ॥৫১॥ অদুদগী অমুক তেল কুম্মড়ানা ভীমগী থবাক্ত কম্ম থাজিনখি। মাঙ্মক অডকপা অম ওইনা থোকখি ॥৫২॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক ওইরবা মহারাজ! অদুদগী মপাম্বোম কল্লবা ভীমনা থোইদোক্তা শাউখিদুনা কর্ণদা

সংছাদ্যমানো বাণৌঘৈর্ভীমসেনধনুশ্চ্যুতৈঃ। পুনরেবাভবৎ কর্ণো ভীমসেনপরাঙ্মুখঃ ॥৫৫॥
তং পরাঙ্মুখমালোক্য পদাতিং সূতনন্দনম্। কৌন্তেয়শরসংছন্নং রাজা দুর্য্যোধনোঽব্রবীৎ।
ত্বরধ্বং সর্বতো যত্তা রাধেয়স্য রথং প্রতি ॥৫৬॥

ততস্তব সুতা রাজন্! শ্রুত্বা ভ্রাতুর্বচো দ্রুতম্। অভ্যয়ুঃ পাণ্ডবং যুদ্ধে বিসৃজন্তঃ শিলীমুখান্ ॥৫৭॥
চিত্রোপচিত্রশ্চিত্রাক্ষশ্চারুচিত্রঃ শরাসনঃ। চিত্রায়ুধশ্চিত্রবর্ম্মা সমরে চিত্রযোধিনঃ ॥৫৮॥ (যুগ্মকম্)
তানাপতত এবাশু ভীমসেনো মহারথঃ। একৈকেন শরেণাজৌ পাতয়ামাস তে সুতান্।
তে হতা ন্যপতন্ ভূমৌ বাতরুগ্ণা ইব দ্রুমাঃ ॥৫৯॥

দৃষ্ট্বা বিনিহতান্ পুত্রাংস্তব রাজন্! মহারথান্। অশ্রুপূর্ণমুখঃ কর্ণঃ ক্ষত্তুঃ সস্মার তদ্বচঃ ॥৬০॥
রথঞ্চান্যং সমাস্থায় বিধিবৎ কল্পিতং পুনঃ। অভ্যয়াৎ পাণ্ডবং যুদ্ধে ত্বরমাণঃ পরাক্রমী ॥৬১॥
তাবন্যোন্যং শরৈর্ভিত্ত্বা স্বর্ণপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ। ব্যভ্রাজেতাং যথা মেঘৌ সংস্যূতৌ সূর্য্যরশ্মিভিঃ ॥৬২॥
ষট্‌ত্রিংশতা ততো বাণৈঃ স্বর্ণপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ। ব্যধমৎ কবচং ক্রুদ্ধঃ সূতপুত্রস্য পাণ্ডবঃ ॥৬৩॥
সূতপুত্রোঽপি কৌন্তেয়ং শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ। পঞ্চাশতা মহাবাহুর্বিব্যাধ ভারতর্ষভ! ॥৬৪॥

---

চৈনা পীগে খন্দুনা থৌরবা তেন্সা মাপল শত্তূনা কর্ণগী খজৌন্দা থাই ॥৫৩॥ তেপাশং অহনা কর্ণগী লীংলবা কবচ অদুদগী কাণ্ডদংখহনা, লিলশিনা সেংশোয়ুংগী মখুল মখুন্দা চঙশনাখবদুগুম্বা লৈন্নুংদা মশক উদমখে চঙশন্নখ ॥৫৪॥ কর্ণ অসি ভীমগী লীরুদগী পাইথোরকপা তেন মরাম্ অহনা কৃপাখিহনা, থাঙবা ঙমদহনা অমুকহন্না ভীমগী মমাঙদগী ঈচাওচাউনা চেনখি ॥৫৫॥ কর্ণনা মখোঙনা লালফম্‌দগী মমায় ওন্দুনা চেনবদু উবদা দুর্য্যোধননা মাগী লান্মীশদা “নখোয়পুন্নমক কর্ণগী রথ অসিগী মায়গেদা চেনাশিল্লু” হায়না য়াথং পীখি ॥৫৬॥

মহারাজ! অদুদগী মহারাজগী নচাঈবুঙোশিং লান্থেংনবা হৈরবা, চিত্র, উপচিত্র, চিত্রাক্ষ চারুচিত্র, শরাসন, চিত্রায়ুধ, অদুগা চিত্রবর্ম্মা কৌবা মচৌমনাও তরেৎ অসনা ময়াম্বুং দুর্য্যোধনগী ররা তাবদা অতং অথম্ লৈতনা তেন কাপ্‌শিন্ কাপ্‌শিন্দুনা ভীম তন্না হোৎচিনখি ॥৫৭-৫৮॥ মখোয়না চেনশিল্লকপা মতম অসিদা ভীমনা নোঙ নোঙা তেন অমমম্‌তনা মখোয়গী মথ্বাই মথং মনাও নাইনা লৌখি। মখোয় অদু পুংশৎনা ফুবদা উঙ্গাওশিংনা মথং মথং প্রোপ্ প্রোপ্ তুথনখিবা অদুগুম্না লৈমায়থক্ত তুথনখি ॥৫৯॥ মহারথী ওইরবা নিংথৌনচাশিং অসিনা তুনথিবদু উবদা কর্ণ অসি মাপ তরং তরং চেন্দুনা, অদুডে বিদুরনা হায়খিবা ররা পুন্নমক্ অদু নীঙশিংখি ॥৬০॥ অদুদগী কর্ণ অসি লালগী কজোল্ পুথ অমুক্, শেৎকত্তূনা, রথ অমদা কাখৎতুনা ভীম তন্না চঙশিল্লকই ॥৬১॥ অদুদগী ভীম-কর্ণ অনী অসি, সনাহৎলবা থৌর-থৌরবা তেন মক্তনা অমমমদা কাপ্পরক্তনা, নুমিৎকী মশেক্না ফূরবা নোং মচুম অনীগী মতৌগুম য়েংবদা থোইদোক্না নীঙখিজে ॥৬২॥ অদুদগী থোইনা শাউরবা ভীমসেননা থৌরবা তেন কুহ্যাতক্কা কর্ণগী লালফুরিৎ অদু থিনৃগাইখি ॥৬৩॥ ভরতশাগেগী অথোইবা মহারাজ! কর্ণহ থৌরবা তেন

রক্তচন্দনদিগ্ধাঙ্গৌ শরৈঃ কৃতমহাব্রণৌ। শোণিতাক্তৌ ব্যরাজেতাং চন্দ্রসূর্য্যাবিবোদিতৌ ॥৬৫॥
তৌ শোণিতোক্ষিতৈর্গাত্রৈঃ শরৈশ্ছিন্নতনুচ্ছদৌ। কর্ণভীমৌ ব্যরাজেতাং নির্ম্মুক্তাবিব পন্নগৌ ॥৬৬॥
ব্যাঘ্রাবিব নরব্যাঘ্রৌ দংষ্ট্রাভিরিতরেতরম্। শরধারাম্বুজৌ বীরৌ মেঘাবিব ববর্ষতুঃ ॥৬৭॥
বারণাবিব চান্যোন্যং বিষাণাভ্যামরিন্দমৌ। নির্ভিন্দন্তৌ স্ম গাত্রাণি সায়কৈশ্চারু রেজতুঃ ॥৬৮॥
নাদয়ন্তৌ প্রবল্গন্তৌ বিক্রীড়ন্তৌ পরস্পরম্। মণ্ডলানি বিকুর্বাণৌ রথাভ্যাং রথসত্তমৌ ॥৬৯॥
বৃষভাবিব নর্দ্দন্তৌ বলিনৌ বাসিতান্তরে। সিংহাবিব পরাক্রান্তৌ নরসিংহৌ মহাবলৌ ॥৭০॥
পরস্পরং বীক্ষমাণৌ ক্রোধসংরক্তলোচনৌ। যুযুধাতে মহাবীর্য্যৌ শক্রবৈরোচনী যথা ॥৭১॥ (বিশেষকম্)
ততো ভীমো মহাবাহুর্বাহুভ্যাং বিক্ষিপন্ ধনুঃ। ব্যরাজত রণে রাজন্। সবিদ্যুদিব তোয়দঃ ॥৭২॥

য়াঙ্খোন। ভীমগী মশাদা য়াম্ন কম্ন থাখি ॥৬৪॥ অদুদগীদি রক্তচন্দননাচংবা মশাদা তৈনরবা, ভীম কর্ণ অনী অসি মশামশাদু ঈহং নাইহং শানখিড়ুনা খোরকপদা ভায়রিবা নুমিৎথা অনীগী মতৌগুম্না খোইনা নীঙথিজখি ॥৬৫॥ মখোয় অনীগী মশা অদু তেল মখুল মক্তনা শিংগুপ্ শাথ্রে, মশাপুম্বা ঈহং নাইহং শাথ্রে। মাগী মাগী লালফুরিৎ অদু পুম্ তৎ তৎনথ্রে। অদুনা মখোয় অনীমক্ মহু পুরবা মকু হুরবা লিল অনীগী মতৌগুমথ্রে ॥৬৬॥ কৈজাও অনীনা ময়াগা ময়াগা খুজীন্গা খুজীন্গা চীক্ন খোৎনরকপদুগী মতৌগুম্না কর্ণগা ভীমগা অনী অসি, মুরবা নোং মতুম্ অনীদগী শিন্থরকপা ঈশিং মরীগী মতৌগুম্বা তেলমক্তনা অমগমগা কম্ন শাখিনা চৈনা পীবা হৌরকলে ॥৬৭॥ চাউরবা শামু লমশা অনীনা ময়াগা ময়াগা য়াখিন্নবদা মশাদু ঈহং নাইহং শানরকপদুগুম্না কল্লব। ভীম-কর্ণ অনী অসি ঈহং নাইহং শানদুনা য়েংবদা থোইনদুম্ নীঙথিজখি ॥৬৮॥

শাগী নিংখৌ নোংশাগুম্, মখোনা মরিক্স লৈরবা,
রথি অখোইবা নিপা' খোইব', মপ।ম্বোম্ দাঙ্গল্ লৈরবা।
শাউবনা মমীত্ত ঈ-কানরবা লাকচবয়াদবা হন্নগন্দবা।
ভীম কর্ণ কোবা অনীসিনা খাতু লাক্লবী নোরবী শম্বী
অমগীদমক্ত শঙ্গাও 'নীনা রাইনবা থেংনবদুগুম্না।

হাইদোক হায়জিন কোইনথেক্লা চৎনবা রথগী শাজৎ পুম্বদা।
অমনমনু লাকচনদনা ঈরারাদনা শাম্নমিন্নগুম্
ইন্দ্রগা বলিগা থেংনবগুম্ কম্ন থেংনখি লালফমদা।
রথগী হন্দোক হঙ্গিন চঙখোক চঙশিন্দা।
অনী অসি খেন্নবা লৈতে হীরম পুম্বদা চপমান্নে ॥৬৯-৭১॥

মহারাজ! অসিগী তুংদা ভীমসেন অসি মখুং অনীনা লীরী হাপ্তুনা চিংদুনা লৈবদুমক্,

স নেমিঘোষস্তনিতশ্চাপবিদ্যুচ্ছরাম্বুভিঃ। ভীমসেনমহামেঘঃ কর্ণপর্ব্বতমাবৃণোৎ ॥৭৩॥
ততঃ শরসহস্রেণ ধনুর্মুক্তেন ভারত।। পাণ্ডবোঽবাকিরৎ কর্ণং ভীমো ভীমপরাক্রমঃ ॥৭৪॥
তত্রাপশ্যংস্তব সুতা ভীমসেনস্য বিক্রমম্। সুপুঙ্খৈঃ কঙ্কবাসোভির্যৎ কর্ণং ছাদয়ন্ শরৈঃ ॥৭৫॥
স নন্দয়ন্ রণে পার্থং কেশবঞ্চ যশস্বিনম্। সাত্যকিং চক্ররক্ষৌ চ ভীমঃ কর্ণমবারয়ৎ ॥৭৬॥
বিক্রমং ভুজয়োর্বীর্য্যং ধৈর্য্যঞ্চ সুমহাত্মনঃ।
পুত্রাস্তব মহারাজ! দৃষ্ট্বা বিমনসোঽভবন্ ॥৭৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি জয়দ্রথবধে ভীমপ্রবেশে ভীমযুদ্ধে সপ্তদশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

—:*:—

নোংদোন্ থক্কা নোংথাংগা লোয়নন। নৈরিবা নোং মতুম অমগী মতৌগুম্না থোইনা নিংখিজৈ ॥৭২॥ লাউরকপা খোঞ্জেন্না নোংগী মখোল ওইরবা, কাপ্‌লকপা তেম্না নোংথাং ওইবা ভীমগী মশক্ লৌরবা, পাক্রবা নোং মতূম্ অহুনা কর্ণগী মশক্ লোঙনা নৈরবা চীঙহুম্ অহুমবু মশক্ পূম্মুউদনা নোং মরী লিশিং লিশিং চুথরক্লনা পূমুক্‌প্‌ কূপ্‌খ্রে ॥৭৩॥ ভরতনন্দন মহারাজ! অদুগী তুংদা অকিব কংলবা পাঙ্গন্না মহাক্কী ওইরবা ভীমসেননা মহাক্কী চাউরবা লীকুংদগী পাইথোরকপা তেল লিশিং লিশিংনা কর্ণদা অতৎ অথম্ নৈতনা থারকলে ॥৭৪॥ মহারাজ! মহারাজগী নচা ইবুংঙোশিংনা ভীমগী অওকপা মথৌনা অমদি মহৈবু উবা ফংখি। মাদুদি করিনো হায়বদা, ভীমসেননা মাগী ফজরবা খৌরবা তেন্না তেম্মৈ ফজনা পাল্লবা তেল লিশিং লিশিংনা কর্ণগী মণা পূম্বা মশক্ উদমখৈ কূপশিন্‌হনখি ॥৭৫॥ মতম অসিদা ভীমনা লাল্‌ফম্ অহুদা অর্জ্জুন, কৃষ্ণ, সাত্যকি, বেহু ঙাক্লিবা যুধামন্যু অহুগা উত্তমৌজা মখোয় অসিবু নুংঙাইহন্দুনা কর্ণবু খিংথ্রনা থমখি ॥৭৬॥ মহারাজ! মতম্ অহুদা নচা ইবুংঙোশিংনা ভীমগী অসিগুম্বা মপাঙ্গল মথৌনাবু উবদা লোইনা মাইথোং লাংশিন্‌খি ॥৭৭॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণ পর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা ভীম প্রবেশগী মতাংদা ভীম পরাক্রমগী চামাতরাতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

— — —

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টাদশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চামগতরানিপালশুবা অধ্যায়

( ভীমগী লাল্—মথং )

### সঞ্জয় উবাচ

ভীমসেনস্য রাধেয়ঃ শ্রুত্বা জ্যাতলনিস্বনম্ । নামৃষ্যত যথা মত্তো গজঃ প্রতিগজস্বনম্ ॥১॥
সোঽপক্রম্য মুহূর্ত্তন্তু ভীমসেনস্য গোচরাৎ । পুত্রাংস্তব দদর্শাথ ভীমসেনেন পাতিতান্ ॥২॥
তানবেক্ষ্য নরশ্রেষ্ঠ ! বিমনা দুঃখিতস্তদা । নিশ্বসন্ দীর্ঘমুষ্ণঞ্চ পুনঃ পাণ্ডবমভ্যয়াৎ ॥৩॥
স তাম্রনয়নঃ ক্রোধাৎ শ্বসন্নিব মহোরগঃ । বভৌ কর্ণঃ শরানস্যন্ রশ্মীনিব দিবাকরঃ ॥৪॥
কিরণৈরিব সূর্য্যস্য মহীধরো ভরতর্ষভ ! । কর্ণচাপচ্যুতৈর্ব্বাণৈঃ প্রাচ্ছাদ্যত বৃকোদরঃ ॥৫॥
তে কর্ণচাপপ্রভবাঃ শরা বর্হিণবাসসঃ । বিবিশুঃ সর্ব্বতঃ পার্থং বাসায়েবাণ্ডজা দ্রুমম্ ॥৬॥
কর্ণচাপচ্যুতা বাণাঃ সম্পতন্তস্ততস্ততঃ । রুক্মপুঙ্খা ব্যরাজন্ত হংসাঃ শ্রেণীকৃতা ইব ॥৭॥
চাপধ্বজোপস্করেভ্যশ্ছত্রাদীষামুখাদ্ যুগাৎ । প্রভবন্তো ব্যদৃশ্যন্ত রাজন্নাধিরথেঃ শরাঃ ॥৮॥

সঞ্জয়না হায় ঃ— মহারাজ ! কর্ণনা ভীমসেনগী লীরী হাপ্পথীংবনাচংবগী মখোল তাবদা, শামুনা মমান্নবা ময়ায় কারবা শামু অমগী খোল্লাউ তাবদা খাঙবা ঙম্লবদ্রগুম্না লৈবা ঙমখিদ্রে ॥১॥ মহারাজ ! কর্ণনা ভীমগী তেম্না য়োরক্কদবা মফম্ অদুদগী থর লাগ্লুক্ চখোক্লগা নচা ইবুংঙোশিংনা ভীমগী মথুক্তা থরাই পাংনা তাহনা লৈবদু য়েংবা খোরকই ॥২॥ মহারাজ ! মখোয়গী অবস্থা উবদা, য়েংলা খাঙহনা লৈবা ঙমখিদ্রেহনা অশা উবগা লোয়নলা ভীম তম্না অমুক্ হন্না চেল্শিল্লকই ॥৩॥ শাউবদা মমীৎ অনী অঙ্ক কোরা কাহনা কর্ণ অসি পুংশা মপী হোল্লবা লিন্দগী মতৌগুম্না, নুমিৎনা মাগী মশেক্মঙাল্ লিশিং লিশিংবু শন্দোক্ হাইদোরক্পদুগুম্না ভীমবোমদা তেন্জলিশিং লশিং কাপ্ শিল্লক্লনা লৈবদুদা থোইনা অকিব ফংনা লৌওখিজে ॥৪॥ ভরতশাদৈগী অথোইবা ! নুমিৎকী মঙাল্না মায়গে পুম্বদা শন্দোকখিবগুম্না কর্ণগী লীরুংদগী পাইখোক্খিবা তেল্ লিশিং লিশিংনা ভীমবু পুম্কুপ্ কুপথ্রে ॥৫॥ কর্ণগী লীরুংদগী পাইখোরকপা উবোক্ অমাঙ্ বাহোংগী মতুনা তেম্না পান্বা তেলয়াম্ অহনা, উচেক্ মপৈ মপৈনা চাউরবা উজাও অমগী মনা পুংলবা মরক্তা চঙ্শিন্খিবদুগুম্না ভীমগী মশাদা চঙশিন্খি ॥৬॥ কর্ণগী তেল য়য়াম্ অহনা মপৈ মপৈ পাইখোরক্পা তাম্মু কাংঙগী মতৌগুম্না ভীমগী মশাদগী থাংমদা পাইখোরক্লনা থোইনা ফজাখি ॥৭॥ মহারাজ ! কর্ণগী তেলশিং অহনা মপৈ মপৈ পাইখোরক্পদু লীরুংদগী, কিয়াঙ্গী, যথগী

খং পুরয়ন্ মহাবেগান্ খগমান্ গৃধ্রবাসসঃ। সুবর্ণবিকৃতাংশ্চিত্রান্ মুমোচাধিরথিঃ শরান্ ॥৯॥
তমন্তকমিবায়ান্তমাপতন্তং বৃকোদরঃ। ত্যক্ত্বা প্রাণানতিক্রম্য বিব্যাধ নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥১০॥
তস্য বেগমসহ্যং স দৃষ্ট্বা কর্ণস্য পাণ্ডবঃ। মহতশ্চ শরৌঘাংস্তান্ নৈবাবারয়ত বীর্য্যবান্ ॥১১॥
ততো নিরস্যাধিরথেঃ শরজালানি পাণ্ডবঃ। বিব্যাধ কর্ণং বিংশত্যা পুনরন্যৈঃ শিলাশিতৈঃ ॥১২॥
যথৈব হি স কর্ণেন পার্থঃ প্রচ্ছাদিতঃ শরৈঃ। তথৈব স রণে কর্ণং ছাদয়ামাস পাণ্ডবঃ ॥১৩॥
দৃষ্ট্বা তু ভীমসেনস্য বিক্রমং যুধি ভারত!। অভ্যনন্দংস্ত্বদীয়াশ্চ সংপ্রহৃষ্টাশ্চ চারণাঃ ॥১৪॥
ভূরিশ্রবাঃ কৃপো দ্রৌণির্মদ্ররাজো জয়দ্রথঃ। উত্তমৌজা যুধামন্যুঃ সাত্যকিঃ কেশবার্জ্জুনৌ ॥১৫॥
কুরুপাণ্ডবপ্রবরা দশ রাজন্! মহারথাঃ। সাধু সাধ্বিতি বেগেন সিংহনাদমথানদন্ ॥১৬॥
(যুগ্মকম্)
তস্মিন্ সমুত্থিতে শব্দে তুমুলে লোমহর্ষণে। অভ্যভাষত পুত্রস্তে রাজন্। দুর্য্যোধনস্ত্বরন্ ॥১৭॥
রাজ্ঞঃ সরাজপুত্রাংশ্চ সোদর্য্যাংশ্চ বিশেষতঃ। কর্ণং গচ্ছত ভদ্রং বঃ পরীপ্সন্তো বৃকোদরাৎ ॥১৮॥
(যুগ্মকম্)
পুরা নিঘ্নন্তি রাধেয়ং ভীমচাপচ্যুতাঃ শরাঃ। তে যতধ্বং মহেষ্বাসাঃ! সূতপুত্রস্য রক্ষণে ॥১৯॥

---

চাকাদগী, মচাংদগী, অম্বারী মথক্তগী মখা মচাক্ ধরাদগীস্থ পণ্ডপাইত পাইথোরক্পগুম্ উই ॥৮॥ অন্তকদগী কর্ণনা নোংমদোন্ মকোয় পূথসি, থুমিৎ থা মশক্ উদমথৈ, তেত্তনা পূম্নমক্ কুপ্লা হৌরকলে ॥৯॥ কর্ণনা যমরাজগী মতৌগুম্না কম্না তৌশিল্লক্পসি উবদা ভীমসেন অসি মথ্বাই পাম্মুদনা. শিরবস্মঙ্খুমণ্ডায়রে হায়দুনা লাম্নীমপৈ মরক্ অদুদগী চোংথোরক্লনা থোরবা তেল মপৈ মপৈবু কর্ণ তম্না কাপ্ শিল্লক্লে ॥১০॥

কল্লবা ভীমসেননা, কর্ণগী খাণ্ডমদ্রবা, তেল মপৈমপৈনা পাইশিল্লকপদু উবদা থোইনা কিদে মিপাইবিদে ॥১১॥ ভীমনা, কর্ণনাকাপললক্পা তেল্গী মপৈ অদুবু ভাক্থোক্লনা নাকল অমদা থিংহুনা ৩মগা থোরবা, য়োথোনা মথোশংজবা তেল বুম্না কর্ণগী শজীন্দা কম্না থাখি ॥১২॥ কর্ণনা ভীমবু তেলগী লাংনা কুপশিনখিবদুগুম্না, ভীমনস্থ কর্ণবু তেলগী লাংনা কুপশিনখি ॥১৩॥ ভরতনন্দন! ভীমগী বিদ্যা, মপাঙ্গল মথৌনা অসি উবদা মহারাজগী কৌরব লাম্মী অয়াম্বনা অদুগা নোংমদোম্বক্ত কুম্মৈ য়েংলিবা চারণ গন্ধর্ববিশিংনা নুংঙাইশিংহুনা ভীমবু কম্না হম্না থাগৎখি ॥১৪॥ মহারাজ! কৌরবপক্ষগী ভূরিশ্রবা কৃপাচার্য্য, অশ্বত্থামা, শল্য, অমদি জয়দ্রথ অদুগা পাণ্ডবপক্ষরোমগী উত্তমৌজা যুধামন্যু, সাত্যকি, কৃষ্ণ, অর্জ্জুন, মীশক্ তরা অসিনা ভীমগী মথৌনা উবদা সাধু-সাধু (ফজৈ-ফজৈ) হায়না খোঙ্গেল খোক্ক থাগৎনখি ॥১৫-১৬॥ অসিগুম্বা, উবদা তুজুংবা পোক্লবা ভীম কর্ণ অনীগী লাঙ্গাও অসি উবদা, দুর্য্যোধননা নিংথৌ নিংথৌমচাশিং অদুগা মনাওশিংদা "নখোয় পূম্নমক্ ভীমগী মথুক্তগী কর্ণবু কম্নবা থুনায়াওনা শেম্শাদুনা চোক্চিল্লু মঙ্গল ওইযু!" অদুম্ হায়না লাউরক্কই ॥১৭-১৮॥ "ভীমগী লীরুংদগী পাইথোরকপা তেলসি অসিনা কর্ণগী মথরাই শোম্বদনা

দুর্যোধনসমাদিষ্টাঃ সোদর্য্যাঃ সপ্ত ভারত ।। ভীমসেনমভিক্রম্য সংরব্ধাঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥২০॥
তে সমাসাদ্য কৌন্তেয়মাবৃণ্বন্ শরবৃষ্টিভিঃ । পর্ব্বতং বারিধারাভিঃ প্রাবৃষীব বলাহকাঃ ॥২১॥
তেঽপীড়য়ন্ ভীমসেনং ক্রুদ্ধাঃ সপ্ত মহারথাঃ । প্রজাসংহরণে রাজন্ ! সোমং সপ্ত গ্রহা ইব ॥২২॥
ততো বামেন কৌন্তেয়ঃ পীড়য়িত্বা শরাসনম্ । মুষ্টিনা পাণ্ডবো রাজন্ ! দৃঢ়েন সুপরিষ্কৃতম্ ॥২৩॥
স মুষ্টিসমতাং জ্ঞাত্বা সপ্ত সন্ধায় সায়কান্ । তেভ্যো ব্যসৃজদায়স্তঃ সূর্য্যরশ্মিনিভান্ প্রভুঃ ॥২৪॥
নিরস্যন্নিব দেহেভ্যস্তনয়ানামসূংস্তব । ভীমসেনো মহারাজ ! পূর্ব্ববৈরমনুস্মরন্ ॥২৫॥ (বিশেষকম্)
তে ক্ষিপ্তা ভীমসেনেন শরা ভারত ! ভারতান্ । বিদার্য্য খং সমুৎপেতুঃ স্বর্ণপুঙ্খাঃ শিলাশিতাঃ ॥২৬॥
তেষাং বিদার্য্য দেহাংস্তে শরা হেমবিভূষিতাঃ । বাবাজন্ত মহাবাজ ! সুপর্ণা ইব খেচরাঃ ॥২৭॥
শোণিতাদিগ্ধসর্ব্বাঙ্গাঃ সপ্ত হেমপরিষ্কৃতাঃ । পুত্রাণাং তব রাজেন্দ্র ! পীত্বা শোণিতমুদ্গতাঃ ॥২৮॥
তে শরৈর্ভিন্নমর্ম্মাণো রথেভ্যঃ প্রাপতন্ ক্ষিতৌ । গিরিসানুরুহা ভগ্না দ্বিপেনেব মহাদ্রুমাঃ ॥২৯॥
শত্রুঞ্জয়ঃ শত্রুসহশ্চিত্রশ্চিত্রায়ুধো দৃঢ়ঃ । চিত্রসেনো বিকর্ণশ্চ সপ্তৈতে বিনিপাতিতাঃ ॥৩০॥

লৌথিবা তারে ! অতুনা অকনবশা। কর্ণগী মথ্বাই কন্নবা চ্যেক্শিন্ন হোৎনবিহৌ অস্তুম হায়না দুর্য্যোধননা হন্ন হন্ন লাউরকই ॥১৯॥ মহারাজ ! ময়াম্বুং দুর্য্যোধনগী রা অসি তাবদা -কল্লবা মনাওশিং তরেৎনা যান্ন শাউনা হোচ্চিল্লক্লুনা ভীমবু কোয়শিল্লরে ॥২০॥ বর্ষাগী মতম্দা নোং মতূম-মতূম্ন চীঙমায অমবু পূমকূপ কূপ্তুনা চুপরকপল্লগুম্না মখোয় তরেৎ অসিনা কাপাশল্লক্লুনা ভীমগী মশাপুম্বা তেম্না পূমায়াম্ য়োম্থনখ্রে ॥২১॥

মহারাজ ! প্রলয়গী মতম্দা গ্রহ তরেৎনা চন্দ্রমাবু নৈরক্পত্বগুম্না মখোয় তরেৎনা ভীমদা অকনবা চৈনা পীবা হৌরকলে ॥২২॥ মহারাজ ! মতৌক্ মগুণ চাউরবা ভীমসেননা মতম্ অসিদা মমাংবৈদা খোকথিবা খৌদোক্ পূম্বা মথং মথং নীঙশিংঙক্লুনা মখুৎ ওইনা খুত্তম্ চেৎনা চাওরবা লীকং অত্তু পাযত্নুনা, সুর্যমৎকী মশেক্লুম লংলবা খেরবা তেল মাপল্ শন্তুনা মথ্বাই থাজরগে হাযত্নুনা মাগী মখুবাক্তা তারবনা ঙাক্তনি হান্ননা খন্দুনা, মখোয় তরেৎপু অমুক্তদা লান্বিরগে হাযনা খন্দুনা পাঙ্গল থেক্না তেল মাপল অত্তুনা মপা চুম্না মথং মথং কাপ্খোরক্ই ॥২৩-২৪॥ মহারাজ ! ভীমনা কাপ্খোবক্পা সনানা তেম্না পান্বা তেলশিং অত্তুনা নচা ইবুংঙোশিং অত্তুগী মশাদগী লীথোক্খিত্নুনা নোংমদোম্থক্ত পাইখৎখি ॥২৬॥ মহারাজ ! নচা ঈবুংঙোশিংগী অত্তুগী মশাদগী লীথোকখিত্নুনা পাইখৎপ্রবা তেলশিং অত্তুনা সনাগী মশা পানবা উচেকশিংগুম্না নোংমদোম্থক্ত তগুপ তরেংনা পাইহুনা লৈ ॥২৭॥ তেলশিং অত্তুনা নচাঈবুঙোশিংহু মশাদগী ঈ মবুক থন্না চুপ্থোক্লুনা, ঈনা পূম্‌দৈত্তে তৈত্থনা নোংমদোম্থক্ত খোইনবু নীঙখিজখি ॥২৮॥ চাউরবা চীঙগী লৈতেম মান্নরবা তমপাক্তা, শামুনা মরুমবা য়াওনা ফুক্কোক্লুনা তুথরক্লবা, রাংচাউরবা উপাম্বীশিংগী মতৌগুম্না ভীমগী তেম্না খিনগাইখিত্নুনা ঈহুং নাইহং শারবা, থরাই য়াওব্রবা হকচাংশিং অত্তুনা লৈমায়থক্ত তুখখি ॥২৯॥ মতৌ অম্তুম্না শত্রুঞ্জয়

তং ভীমসেনঃ ক্রোধাগ্নিং ত্রয়োদশ সমাঃ স্থিতম্। উদ্গিরংস্তব পুত্রাণামন্তং গচ্ছতি পাণ্ডবঃ ॥৪২॥
(যুগ্মকম্)

বিলপংশ্চ বহু ক্ষত্তা শমং নালভত ত্বয়ি। সপুত্রো ভরতশ্রেষ্ঠ! তস্য ভুঙ্ক্ষ্ব ফলোদয়ম্ ॥৪৩॥
ত্বয়া বৃদ্ধেন ধীরেণ কার্য্যতত্ত্বার্থদর্শিনা। ন কৃতং সুহৃদাং বাক্যং দৈবমত্র পরায়ণম্ ॥৪৪॥
তস্মা শুচো নরব্যাঘ্র! তবৈবাপনয়ো মহান্। বিনাশহেতুঃ পুত্রাণাং ভবানেব মতো মম ॥৪৫॥
হতো বিকর্ণো রাজেন্দ্র! চিত্রসেনশ্চ বীর্য্যবান্। প্রবরাশ্চাত্মজানাং তে সুতাশ্চান্যে মহারথাঃ ॥৪৬॥
যানন্যান্ দদৃশে ভীমশ্চক্ষুর্বিষয়মাগতান্। পুত্রাংস্তব মহারাজ! ত্বরয়া তান্ জঘান হ ॥৪৭॥
ত্বৎকৃতে হ্যহমদ্রাক্ষং দহ্যমানাং বরূথিনীম্। সহস্রশঃ শরৈর্মুক্তৈঃ পাণ্ডবেন বৃষেণ চ ॥৪৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে ভীমপ্রবেশে ভীমযুদ্ধে অষ্টাদশাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

চহী তরাহুমদোই চুপ্প ওমহুনা খম্মুবা মৈ অহুনা চুচুহুনা ভীমসেননা নচাঈবুংঙোশিংবু উৎ থইহন-
বতনি ॥৪১-৪২॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ! মমাঙতৈদা বিদুরনা মাসি থোক্কদবসি
উহুনা মহারাজগী নকম্দা হন্ন হন্না কপ্তুনা হায়জখিববু মহারাজনা থোইনা তাখিখিদে। অদুনদি
মহারাজ হৌজিক খর লৈম্নিবা নচাঈবুংঙোশিংগা খর অরাবা ফংমিন্নবিবা হায়খহুদা মতারে।
॥৪৩॥ মহারাজদি অহল্ ওইরবনি, জ্ঞানলৈরবনি, তৌগদবা থবক্কী মশক মুন্না খঙবিন্নিবনি;
অদুক পুকচেল চাউরবা, শাগৈনাতৈ, জ্ঞানী ওইরবা মরূপমপাংনা হায়বা-তাকপহু মহারাজনা
নাক্কোংদা অমত্তা হাপ্লিখিদ্রে। নচাঈবুঙোশিংনা মথুং মতম্ চাদনা শিগ্রিবসিগী থাজৈশেংবা
ক্যায়ণদি মহারাজগী কত্রবা নীতি অদুতননি হায়বসি ঐনা খল্লে ॥৪৫॥ নিংথৌ অথোইবা মহারাজ!
মহারাজগী নচাঈবুংঙোশিংগী মনুংদা বিকর্ণ হায়রিবা চিত্রসেন হায়রিবসি কনপ্রবা মহারথীমক্তনি
অদুবু নচাঈবুংঙোশিংগী মনুংদা মহারথী ওইরবা অথোইবা নচাঈবুংঙোশিং কয়া তুম্থ্রবনিদো
॥৪৬॥ মহারাজ! ভীমসেনগী মমাঙদা হেক তারুবা নচাঈবুঙোশিং মথৈ মথরাই পুত্থনা অমত্তা
হত্থুদ্রবনিদো ॥৪৭॥ মহারাজ! ভীম কর্ণ অনীনা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীগী লান্মী কয়া
কয়াবু তেন্জ লিশিং লিশিং কাপ্তুনা হাৎখিদো; ঐ ঈমীৎমক্না উজরুরবনি ॥৪৮॥।

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চাম্না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা
জয়দ্রথবধগী মতাংদা ভীমপ্রবেশগী ভীমযুদ্ধদা চামতরানিপাললবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ঊনবিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

চামতরামাপলশুবা অধ্যায়ঃ ॥

( ভীম কর্ণগী লাল )

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

মহানপনয়ঃ সূত ! মমৈবাত্র বিশেষতঃ । স ইদানীমনুপ্রাপ্তো মন্যে সঞ্জয় ! শোচতঃ ॥১॥

যদ্গতং তদ্গতমিতি মমাসীন্মনসি স্থিতম্ । ইদানীমত্র কিং কার্য্যং প্রকরিষ্যামি সঞ্জয় ! ॥২॥

যথা হ্যেষ ক্ষয়ো বৃত্তো মমাপনয়সম্ভবঃ । বীরাণাং তন্মমাচক্ষ্ব স্থিরীভূতোঽস্মি সঞ্জয় ! ॥৩॥

### সঞ্জয় উবাচ

কর্ণভীমৌ মহাবাহো ! পরাক্রান্তৌ মহাবলৌ । বাণবর্ষাণ্যসৃজতাং বৃষ্টিমন্তাবিবাম্বুদৌ ॥৪॥

ভীমনামাঙ্কিতা বাণাঃ স্বর্ণপুঙ্খাঃ শিলাশিতাঃ । বিবিশুঃ কর্ণমাসাদ্য ছিন্দন্ত ইব জীবিতম্ ॥৫॥

তথৈব কর্ণনির্মুক্তাঃ শরা বর্হিণবাসসঃ । ছাদয়াঞ্চক্রিরে ভীমং শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥৬॥

তয়োঃ শরৈর্মহারাজ ! সম্পতদ্ভিঃ সমন্ততঃ । বভূব তব সৈন্যানাং সংক্ষোভঃ সাগরোপমঃ ॥৭॥

ভীমচাপচ্যুতৈর্বাণৈস্তব সৈন্যমরিন্দম ! । অবধ্যত চমূমধ্যে ঘোরৈরাশীবিষোপমৈঃ ॥৮॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায় ঃ—সারথী বংশদা পোক্লবা য়ারী লীব হৈরবা সঞ্জয় ! চুম্মি নহাক্লা হায়বা ঐগী কত্রবা নীতিগী মহৈনা মাসি থোকখ্রবনি ঐগী কত্রবা নীতিশিং অগুগী মহৈনা সর্বনাশ ওইরবনি হায়বসি খল্লুবদগী মাতুগী অনুতাপকী মৈনা ঐগী থম্মোয় আস হৌজিক্তি প্রোক প্রোক্ চাক্লিবনি ॥১॥ সঞ্জয় ! ঐনা ঐগী পুক্নীংদা শাগৎলম্বা আশা পুম্বতুদি হৌজিক্ লোইনা নীঙখ্রাযখ্রে। অদুগা থোক্খিবদুদি থোকখ্রে লোইরে। হৌজিক্ কার উপায় লৈ ? ॥২॥ "করে, কম্দৌনি অতুমঙায়রে। ঐগী কত্রবা নীতিদগী থোকপ্রবা, অকনবা কয়া কয়ানা মথৎই থাখ্রবা লাল অদুগী মথং মখা য়াম্না তানীঙলে—লীথো" ॥৩॥ সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ ! অদুদগী কর্ণ ভীম অকনবা অনীসি ঈশিংনা মরুক চোৎলবা নোং মতুম্ অনীনা থেংজিন্নাইশিনবদুগী মতোঙুম্না অতৎঅথম লৈতনা অমনা অমগী মথক্তা তেল মপৈ মপৈ হৈথনরকলে ॥৪॥ অমমন্দা ভীমগী মমিং ইবা, সনানা তেম্না পাল্লবা, ময়োথৌনা মথোশঙলবা, ভীমগী তেলশিং অহুনা কর্ণগী মথৎই চুপথোকলুরগে হায়বগী মতাঙুম্ কর্ণগী হকচাং মনুংদা মরী-মরী চঙশিনখি ॥৫॥ মতৌ অদুঙুম্না কর্ণগী লীরুংদগী পাইথোকরকপা তেল লিশিং লিশিংনা, য়াহোং মতুগী মশা থপ্না। থপ্না পাইশিনকনা ভীমগী হকচাং পুম্বদা খুরকহাঙদনা চপ্ চপ্ যুংহুনা লৈখি ॥৬॥ মহারাজ ! অকনবা অনীগী লীরুংদগী পাইথোরকপা তেলশিং অসিনা মায়পৈপুরদা হাইদোক হাইদোকনা পাইথোরকপাশিনা

বারণৈঃ পতিতৈস্ত রাজন্। বাজিভিশ্চ নরৈঃ সহ। অদৃশ্যত মহী কীর্ণা বাতরুগ্‌ণৈরিব দ্রুমৈঃ ॥৯॥
তে বধ্যমানাঃ সমরে ভীমচাপচ্যুতৈঃ শরৈঃ। প্রাদ্রবংস্তাবকা যোধাঃ কিমেতদিতি চাব্রুবন্ ॥১০॥
ততো বুদস্তং তৎ সৈন্যং সিন্ধুসৌবীরকৌরবম্। প্রোৎসারিতং মহাবেগৈঃ কর্ণপাণ্ডবয়োঃ শরৈঃ ॥১১॥
তে শূরা হতভূয়িষ্ঠা হতাশ্বরথবারণাঃ। উৎসৃজ্য ভীমং কর্ণঞ্চ ব্যদ্রবন্ সর্ব্বতো দিশঃ ॥১২॥
নূনং পার্থার্থমেবাস্মান্ মোহয়ন্তি দিবৌকসঃ। যদ্ভীমকর্ণপ্রভবৈর্হন্যতে নো বলং শরৈঃ ॥১৩॥
এবং ব্রুবাণা যোধাস্তে তাবকা ভয়পীড়িতাঃ। শরপাতং সমুৎসৃজ্য স্থিতা যুদ্ধদিদৃক্ষবঃ ॥১৪॥
ততঃ প্রাবর্ত্তত নদী ঘোররূপা রণাজিরে। শূরাণাং হর্ষজননী ভীরূণাং ভয়বর্দ্ধিনী।
বারণাশ্বমনুষ্যাণাং রুধিরৌঘসমুদ্ভবা ॥১৫॥
সংবৃতা গতসত্ত্বৈশ্চ মনুষ্যগজবাজিভিঃ। সানুকর্ষপতাকৈশ্চ দ্বিপাশ্বরথভূষণৈঃ ॥১৬॥
স্যন্দনৈরপবিদ্ধৈশ্চ ভগ্নচক্রাক্ষকুবরৈঃ। জাতরূপপরিষ্কারৈর্ধনুর্ভিঃ সুমহাস্বনৈঃ ॥১৭॥

---

কৌরবলাম্মী তেঙ্গোলগী মশক্ পুরবা ঈপাক্ অদু কেৎকেৎ হাইদুনা ইপোম্ হৌখি ॥৭॥ য়েক্লবা ভম্বা মহারাজ! ভীমগী লীরুংদগী পাইথোকুরকপ. লিল্ অমমম্গী মতৌগুম্না মহূ কল্লবা অকিবগী মশক কংলবা তেলশিং অদুনা কৌরবলাম্মী অয়াম্বা মথং মথং হাচ্চল্লকলে ॥৮॥ মহারাজ! মতম অসিদা মুংশিৎনা য়ৈবদা তুথরক্লব. উপাম্বীশিংগী মতৌগুম্না অচৌ অচৌবা শগোল্ শামু কয়া কয়ানা; খোঙমী লাম্মী কয়াকয়ানা তুথনরক্ত্না অদুক্ পাক্ চাউথ্রবা লালকম অদু খুদোল অমা কাওবগী লম্ হাঙবা লৈখিদ্রে ॥৯॥ ভীমগী লীরুংদগী পাইথোরকপা তেলশিং অদুনা হেক শোকপদত মথ্াই থানরক্লবদা, কৌরবলাম্মী লেম্হৌরিবাশিং অদুনা "করিনো তৌরিবদিদে!" হায়না লাউ-লাউদুনা মাথপৈ মরি কাংনা চেন্নরকলে ॥১০॥ অদুগী তুংদা সিন্ধু সৌবীর দেশগী অদুগা কৌরব পক্ষগী লাম্মী ময়াম্না ভীম কর্ণ অনীগী শাফু কল্লবা তেলশিং অদুদগী লাম্হোকহৌনবা তেলশিং অদুনা য়েৌবা ঙম্মোইদৌবা লমদা চেন্থোক্লখি ॥১১॥ অকনবা লাম্মীশিংনা, মথোয়গী শগোল শামু রথ খোঙমী অপুম্বা অয়াম্বা হাৎথ্রবদুদা ভীম কর্ণ অনীবু থাদোকলম্দুনা লাম্ব লাম্ব চেন্নবা হৌখি ॥১২॥ "অর্জ্জুনগীদমক্তা লাইয়ামনা কর্ণ ভীম অনীগী মশক্ লৌদুনা ঐথোয়বু ঙমহৎলবনি"—অসুম হায়না লাম্মী পুম্নমা চপ মান্নবা থম্নখি ॥১৩॥ অসুম্ হায়না লাউনা-লাউনবা লাম্মীশিং অদুনা অকন্বা অনীদুগী তেন্না য়েৌবা ঙম্মোইদৌবা লম্দা লেপদুনা ভাবুক ওইদুনা লান্থাও অদু কুমেগুম য়েংদুনা লেপদুনা লৈনখি ॥১৪॥ অদুদগীদি শগোল শামু মীগী ঈ মক্তনা, অকনবশিংগী থম্মোয়দা মুংঙাইবা, অদুগা পাঙদবশিংগী থম্মোয়দা মিপাইবা অকিবা পোকহনবা, অকিবগী মশক ওইরবা তুরেল অমা চেন্থখি ॥১৫॥ ভরতশাংগেন্না হুংঙাইনরবগী মশক ওইরবা। মহারাজ! থরাই য়াওরবা হকচাংগী মপৈ, অশিবা শগোল শামু রথকী অচুাং, কিয়াল, শগোল শামুগী মমল য়ান্নবা লৈতেং পুম্চেক তেক্লবরথ, মচেং মচেং তাবরা ক্লাকা, মনা মুপা হৎলবা লীরুংগী মপৈ, মহূ কয়বা লিকাইবা তেনগী আৎ-আৎ

সুবর্ণপুঙ্খৈরিষুভির্নারাচৈশ্চ সহস্রশঃ। কর্ণপাণ্ডবনির্মুক্তৈঃ পন্নগৈঃ ॥১৮॥
প্রাসতোমরসংঘাতৈঃ খড়্গৈশ্চ সপরশ্বধৈ। সুবর্ণবিকৃতৈশ্চাপি গদামুষলপট্টিশৈঃ ॥১৯॥
বজ্রৈশ্চ বিবিধাকারৈঃ শক্তিভিঃ পারিঘৈরপি। শতঘ্নীভিশ্চ চিত্রাভির্বভৌ ভারত ! মেদিনী ॥২০॥ (কুলকম্)
কনকাঙ্গদহারৈশ্চ কুণ্ডলৈর্মুকুটৈস্তথা। বলয়ৈরপবিদ্ধৈশ্চ তথৈবাঙ্গুলিবেষ্টকৈঃ ॥২১॥
চূড়ামণিভিরুষ্ণীষৈঃ স্বর্ণসূত্রৈশ্চ মারিষ ! । তনুত্রৈঃ সতলত্রৈশ্চ হারৈর্নিষ্কৈশ্চ ভারত ! ॥২২॥
বস্ত্রৈশ্ছত্রৈশ্চ বিধ্বস্তৈশ্চামরব্যজনৈরপি। গজাশ্বমনুজৈর্ভিন্নৈঃ শোণিতাক্তৈশ্চ পত্রিভিঃ ॥২৩॥
তৈস্তৈশ্চ বিবিধৈর্ভিন্নৈস্তত্র তত্র বসুন্ধরা। পতিতৈরপবিদ্ধৈশ্চ বিভবৌ দ্যৌরিব গ্রহৈঃ ॥২৪॥ (কলাপকম্)
অচিন্ত্যমদ্ভুতঞ্চৈব তয়োঃ কর্মাতিমানুষম্। দৃষ্ট্বা চারণসিদ্ধানাং বিস্ময়ঃ সমজায়ত ॥২৫॥
অগ্নের্বায়ুসহায়স্য গতিঃ কক্ষ ইবাহবে। আসীদ্ভীমসহায়স্য রৌদ্রমাধিরথের্গতম্ ॥২৬॥
নিপাতিতধ্বজরথং হতবাজিনরদ্বিপম্। গজাভ্যাং সম্প্রযুক্তাভ্যামাসীন্নলবনং যথা ॥২৭॥
মেঘজালনিভং সৈন্যমাসীত্তব নরাধিপ ! । বিমর্দ্দঃ কর্ণভীমাসীচ্চ পরমো রণে ॥২৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে ভীমপ্রবেশে ভীমকর্ণযুদ্ধে ঊনবিংশত্য- ধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

ভীম কর্ণ অনীগী লীরুংদগী পাইথোকতুনা লৈমায়থক্ত যুং যুংতুনা লৈবা তেল মপৈ, থাং অত্তেনবা অশাংবগী জাৎ-জাৎ, য়োচ্ছুক, থাঙতেক, শাংল শাংলবা তা—অসি পূমমক অসিনা লালকম্ অতুগী মশা পুম্‌য়োম্ য়োম্রবা কীজোল-লৈতেং অমা ওইরে ॥১৬-২০॥

ইকায়খুম্‌নবগী মশক ওইরব মহারাজ ! সনা-লুপা-মণি-মুক্তা-পোহাম্ন শারব-হৎলবা লীক, খুজী, খোঙনপ, তাল, কুণ্ডলনাইন, লুহুপ, কোয়েৎ, কোয়েৎ-লুহুপ্ত থেৎপা চূড়ামণি, খুদোপ, খরাঙলী, খরাঙনপ, খুখাঙ, সনান শাবা পুম্ন-লাক্নবা থৌদী, লালফুরিৎ, ফি মথল্ মথল্, কাঙহাই ; চামর ; ছত্র-পে, ঈহং নাইং শারবা, মচেৎ মচেৎ তারবা শগোল-শামুগী হকচাং,— অসি কাওবা খুৎত্ত খুৎলায় মথল মথম্না খুরক চাঙদনা তাখিবতুনা লালকম্ অম্ থা-থারান-মিচাক্সচিংবা লংলবা গ্রহশিংনা থল্লবা আকাশগুম্ থোইনা নীঙখিজখি ॥২১-২৪॥ ভীমকর্ণ অনীগী খনকম্ থোক্তনা ওক্লবা মীচম অমনা তৌবদা ওম্মরোইদোবা থবকশিং অম্ উবদা নোংমদোনথক্তী গন্ধর্ব্ব অমদি লাইয়ামশিংগী থম্মোইদা থোক্তদোক্না অঙকপা পোকখি ॥২৫॥ অকংবা নাপীনা থল্লবা যুমবু চাকথেক্লকপা, মুংশিৎনা অমুকন্থ কম্না হুমজিল্লকপা মৈনা অকিবগী মশক লৌবতুগুম্না ভীম কর্ণ অনীগী লান্দুনা অকিবগী মশক লৌরকলে ॥২৬॥ চাউরবা শামু অনীনা থম্বাম্ন থম্ন শাৎলবা পুঞীবু নৈখাইরকপদা পুঞী অতুগী ওইবা দশাদুগুম্না, ভীম কর্ণ অনীনা হাৎচিল্লকৃপা মী শগোল শামুগী মথোং মখুৎ হকচাং মচেৎ মচেৎশিং অম্নুনা লালকম্ অতুগী ভমখিবা অবস্থা অমা ওইরে ॥২৭॥ মহারাজ ! মহারাজগী কৌরবালম্না মপৈ মপৈ অহুনা নোং মতুম অমমম্‌গী পাংখকনি ; মাতদা ভীম কর্ণ অনীনা মুংশিৎ ইপোম্ অনীগী মক্তৌগুম্ হুমজিন্দুবা অমমমগা থেংগাইনরি লাউনরি ॥২৮॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মথুংদা ভীমপ্রবেশগী মতাংদা ভীম কর্ণযুদ্ধগী চামতরামাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ॥ ৯॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## বিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চামকুনশুবা অধ্যায় ।

( কর্ণনা লাল্‌কমদগী হাইদোকখিবঃ )

সঞ্জয় উবাচ ।

ততঃ কর্ণো মহারাজ ! ভীমং বিদ্ধা ত্রিভিঃ শরৈঃ । মুমোচ শরবর্ষাণি বহুনি চ ॥১॥
বধ্যমানো মহাবাহুঃ সূতপুত্রেণ পাণ্ডবঃ । ন বিব্যথে ভীমসেনো ভিদ্যমান ইবাচলঃ ॥২॥
স কর্ণং কর্ণিনা কর্ণে পীতেন নিশিতেন চ । বিব্যাধ সুভৃশং সংখ্যে তৈলধৌতেন মারিষ ! ॥৩॥
স কুণ্ডলং মহৎ কর্ণাৎ কর্ণস্যাপাতয়দ্ভুবি । তাপনীয়ং মহারাজ ! দীপ্তং জ্যোতিরিবাম্বরাৎ ॥৪॥
অথাপরেণ ভল্লেন সূতপুত্রং স্তনান্তরে । আজঘান ভৃশং ক্রুদ্ধো হসন্নিব বৃকোদরঃ ॥৫॥
পুনরস্য ত্বরন্ ভীমো নারাচান্ দশ ভারত ! । রণে প্রৈষীন্মহাবাহুর্নির্মুক্তাশীবিষোপমান্ ॥৬॥
তে ললাটং বিনির্ভিদ্য সূতপুত্রস্য মারিষ ! । বিবিশুশ্চোদিতাস্তেন বল্মীকমিব পন্নগাঃ ॥৭॥
ললাটস্থৈস্তু তৈর্বাণৈঃ সূতপুত্রো ব্যরোচত । নীলোৎপলময়ীং মালাং ধারয়ন্ বৈ যথা পুরা ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ ! অসিগী তুংদা কর্ণনা থোরবা তেল্ অহুমনা ভীমদা কপ্প থারগা অমুকম্ থোর থোরবা তেল কয়া কয়া শত্তুনা ভীমগী মথক্ত তেত্তনা নোংচুবগুম্ হৈথরকলে ॥১॥ কর্ণগী তেম্না মনম্ মনম্ পাপ্লবস্থু ভীমসেন অসি হোগায়রবা চীঙজাওনা লেঙদনা লৈবহুগুম্না খোঙকম্ অম শাওবা লেঙদনা লৈখি ॥২॥ ঈকায় খুম্মনবগী মশক ওইরবা মহারাজ ! মতম্ অসিদা ভীমনা, ঈচুপথোকপা ওম্রবা, থাউ তৈত্থনা শৃং-শৃং নাল্লবা, শঙ্গীন মওং মানবা তেল অম শত্তুনা কর্ণগী মনাকোঙদা কপ্প থাখি ॥৩॥ মতম্ অহুদা তেল অঠনা কর্ণগী নাকোংদা কপ্প পানথিবহুদা কর্ণগী মনাকোঙদা চিল্লিবা লংলবা কুণ্ডল অহু, লংলবা গ্রহ অমনা নোংমদোন্ থক্তগী তারকপগুম্না, কর্ণগী নাকোংদগী কেন্দুনা লৈমায় থক্ত তারকই ॥৪॥ অহুদগী অমুক্ নোক্ত-নোক্ত ভা মান্‌বা শৌরবা লংলবা তেল অম কাপ্‌শিল্লক্তুনা কর্ণগী থবাকমক্তদা থুম্না থাখি ॥৫॥ অহুদগী অমুক্তু ভীমনা মকুহুরবা লিলগুম্না মহুপুরবা, য়েত্তুম্মচানশাবা তেল তরানা কর্ণ তম্না কাপশিল্লকই ॥৬॥ মহারাজ ! ভীমনা কাপলকপা তেলশিং অহুনা পাইশিল্লক্তুনা, লিল্লা লৈশোঙী মথুন্দা চঙশিনখিবগুম্ কর্ণগী লাইবক্ মপুংদা চঙখি ॥৭॥ কর্ণগী মমায়থক্ত থুংহনা লৈবা তেলশিং অহুগী মমিনা মাগী মথোয়রি চয়ম্‌দা তাই । মতম্ অহুদা কর্ণনা মমাঙৈদা লিরক্লা

হস্ত্যশ্বনরদেহাংশ্চ গতাসূন্ প্রেক্ষ্য সর্ব্বতঃ। সূতপুত্রস্য সংরম্ভাদ্দীপ্তং বপুরজায়ত ॥২০॥ ( যুগ্মকম্ )
স বিস্ফার্য্য মহচ্চাপং কার্ত্তস্বরবিভূষিতম্। ভীমং প্রৈক্ষত রাধেয়ো রাজন্! ঘোরেণ চক্ষুষা ॥২১॥
ততঃ ক্রুদ্ধঃ শরানস্যন্ সূতপুত্রো ব্যরোচত। মধ্যন্দিনগতোঽর্চ্চিষ্মান্ শরদীব দিবাকরঃ ॥২২॥
মরীচিবিকচস্যেব রাজন্! ভানুমতো বপুঃ। আসীদাধিরথের্ঘোরং বপুঃ শরশতাচিতম্ ॥২৩॥
করাভ্যামাদদানস্য সন্দধানস্য চাশুগান্। কর্ষতো মুঞ্চতো বাণান্ নান্তরং দদৃশে রণে ॥২৪॥
অগ্নিচক্রোপমং ঘোরং মণ্ডলীকৃতমায়ুধম্। কর্ণস্যাসীন্মহীপাল! সব্যদক্ষিণমস্যতঃ ॥২৫॥
স্বর্ণপুঙ্খাঃ সুনিশিতাঃ কর্ণচাপচ্যুতাঃ শরাঃ। প্রাচ্ছাদয়ন্ মহারাজ! দিশঃ সূর্য্যস্য চ প্রভাঃ ॥২৬॥
ততঃ কনকপুঙ্খানাং শরাণাং নতপর্ব্বণাম্। ধনুশ্চ্যুতানাং বিয়তি দদৃশে বহুধা ব্রজঃ ॥২৭॥
বাণাসনাদাধিরথেঃ প্রভবন্তি স্ম সায়কাঃ। শ্রেণীকৃতা ব্যরোচন্ত রাজন্! ক্রৌঞ্চা ইবাম্বরে ॥২৮॥
গার্দ্ধ্রপত্রান্ শিলাধৌতান্ কার্ত্তস্বরবিভূষিতান্। মহাবেগান্ প্রসন্নাগ্রান্ মুমোচাধিরথিঃ শরান্ ॥২৯॥
তে তু চাপবলোদ্ধূতাঃ শাতকুম্ভবিভূষিতাঃ। অজস্রমপতন্ বাণা ভীমসেনরথং প্রতি ॥৩০॥

---

লৈবক্তু উবদা অদুগা শংগোল শামু রথাফরাল মপৈ-মপৈনা তাহনা লৈবক্তু উবদা অদুগা খোঙমী লান্মী রথী কয়া কয়া শিঙম্নাঙম্দনা থরো-থরো ওন্দুনা লৈবক্তু উবদা কর্ণ অসি শাউবনা মমাঙ ঈ কাথ্রে ॥১৯-২০॥ মহারাজ! মাহুদগীদ কর্ণ অসি চাউ-শাংলবা লৌরুং অদুদা লৌরী হাপ্তুনা, তেঙ্গা খোংহুনা, লৌরী অদুবু নাকোং মরু ফংনা চীঙহুনা ভীমবু মীৎ কৃপ্তুনা খানা যেংহুনা লৈ ॥২১॥ অদুদগী কর্ণ অসি তেল মনম মনম্ কাপ্‌শিল্লক্তুনা ভীমদা থাম্ব, মতম্ আসদা কর্ণ অসি নুমিৎকী মতৌঙ্গুম্না মশেক মঙান্ন পূমলং লাংঙ ॥২২॥ মহারাজ! মতম আসদা কর্ণ অসি মশেক মঙান্ন মাগী মশা অদু পূম্‌থক থনাখহুনা অনীশুবা নুমিৎকী মুর্ত্তি লৌথ ॥২৩॥ মতম অসদা, কর্ণনা করম্বা মতমদা লৌবী খীকখিবা করম্বা মতমদা তেন্দোংদগী তেল শংথবা করম্বা মতমদা তেঙ্গা পোংখবা, করম্বা মতমদা কাপখোকখিবা—আসপূম্বা কারমতা উবা ফংনাখদে ॥২৪॥ মহারাজ! মতম আসদা কর্ণনা য়েৎলোম্ ওইরোম্দা, থকথাদা লৈ-লৈহুনা কাপলকপাসদ মহাক্কী লৌরুং অদু থুনা লৈমন্‌খিবনা চক্র অমতগী মতৌঙুম্ উনাখ ॥২৫॥ মহারাজ! কর্ণগী লৌরুংদগী পাইথোক্লা তেল মপৈ মপৈ অহনা মায়কৈ পূম্বা অহংগা নুমিৎকী মঙালবু পুমকূপ কূপ্‌থ্রে ॥২৬॥ অদুগুম্বা তেলশিং অহনা নোংমদোম্থক্কা তোঙাল তোঙালবা মশক মঙং মীকুপ্‌খুদংগী তোঙহুনা পাইথগুম উই ॥২৭॥ তেলশিং অহনা মপৈ মপৈ পাইবাদি উরোক্ নেম্বরা মপৈ মপৈনা পাইবগুম্ নত্রগা ওাদুখঙ্গাং মপৈ মপৈনা পাইবগুম্ উই ॥২৮॥ য়েন্থুনা তেম্মা তেন্মৈ পানবা, পূমলং লাংবা, মথৌ শঙলবা, সনান মখোক্ত হাজং য়ৈবা তেলগী জাৎ জাৎ আসনা নোংমদোন মকোয় অদু পুমথন থম্ম কর্ণনা কাপ্‌শিল্লকই ॥২৯॥ অসিগুম্বা কর্ণগী লৌরুংদগী পাইখোরকপা তেলশিং অসিনা ভীমগী রথগী মথক্তা অতৎ অথম্ লৈতনা

তে ব্যোম্নি রুক্মবিকৃতা ব্যকাশন্ত সহস্রশঃ। শলভানামিব ব্রাতাঃ শরাঃ কর্ণসমীরিতাঃ ॥৩১॥
চাপাদাধিরথের্বাণাঃ প্রপতন্তশ্চকাশিরে। একো দীর্ঘ ইবাত্যর্থমাকাশে সংহিতঃ শরঃ ॥৩২॥
পর্ব্বতং বারিধারাভিশ্ছাদয়ন্নিব তোয়দঃ। কর্ণঃ প্রাচ্ছাদয়ৎ ক্রুদ্ধো ভীমং সায়কবৃষ্টিভিঃ ॥৩৩॥
তত্র ভারত! ভীমস্য বলং বীর্য্যং পরাক্রমম্। ব্যবসায়ঞ্চ পুত্রাস্তে দদৃশুঃ সহসৈনিকাঃ ॥৩৪॥
তাং সমুদ্রমিবোদ্ধূতাং শরবৃষ্টিং সমুত্থিতাম্। অচিন্তয়িত্বা ভীমস্তু ক্রুদ্ধঃ কর্ণমুপাদ্রবৎ ॥৩৫॥
রুক্মপৃষ্ঠং মহচ্চাপং ভীমস্যাসীদ্বিশাংপতে!। আকর্ষান্মণ্ডলীভূতং শক্রচাপমিবাপরম্।
তস্মাচ্ছরাঃ প্রাদুরাসন্ পূরয়ন্ত ইবাম্বরম্ ॥৩৬॥
সুবর্ণপুঙ্খৈর্ভীমেন সায়কৈর্নতপর্ব্বভিঃ। গগনে রচিতা মালা কাঞ্চনীব ব্যরাজত ॥৩৭॥
ততো ব্যোম্নি বিষক্তানি শরজালানি ভাগশঃ। আহতানি ব্যশীর্য্যন্ত ভীমসেনস্য পত্রিভিঃ ॥৩৮॥
কর্ণস্য শরজালৌঘৈর্ভীমসেনস্য চোভয়োঃ। অগ্নিস্ফুলিঙ্গসংস্পর্শৈরঞ্জোগতিভিরাহবে।
তৈস্তৈঃ কনকপুঙ্খানাং দ্যৌরাসীৎ সংবৃতা ব্রজৈঃ ॥৩৯॥
ন স্ম সূর্য্যস্তদা ভাতি ন স্ম বাতি সমীরণঃ। শরজালাবৃতে ব্যোম্নি ন প্রাজ্ঞায়ত কিঞ্চন ॥৪০॥

---

তারকৃলে ॥৩০॥ কর্ণগী লীরুংদগী থোরকপা তেল লিশিং লিশিং অথুনা কোজেং হান্নৌ মপৈ মপৈ পাইবত্থগুম্না নোংমদোন লীস্থংনা পাইরকলে ॥৩১॥ মায়গৈ অমরোমদনা, তেলশিং অথু মশমমশমখিত্থনা শাংলবা তেস অমতগী মতৌগুম্না উবস্থ য়াওই ॥৩২॥ মুরবা নোংগী মকুম্ অমনা থাক লাউথুনা চীঙমায় অম থন্না চুপরকপথুগুম্না কর্ণনা তেলগী মপৈ মপৈবু অমমম্না নোং মরী অমমমগী মতৌগুম্না ভীমগী মথক্ত চুথচল্লকই ॥৩৩॥ মহারাজ! মতম অসিদা নচাঙ্গ-বুঙোশিংনা ভীমসেনগী হকচাং-থম্মোয় অমদি বিদ্যাগী শাক্তিবু ময়েক লানা উবা ফংখি ॥৩৪॥ সমুদ্রগী ঈশিংনা ঈথক ইপোমগা লোয়ননা জুরার কাশিল্লকপগুম পাইশিল্লকপা, কর্ণগী তেলশিং অথুনা পানবা থাবথুদা করিমত নাচুংবিদবা ভীমনা তেলশিং অথু হাইদোক হাইদোকতুনা ভীমসেন অসি কর্ণ তম্ন প্রপ্রপ চেলশিল্লকই ॥৩৫॥ ইন্দ্রগী লীরুং অমদি চুমথাং থানবগুম্বা, ভীমগী তেল অথুদগী থোর থোরবা তেলগী মপৈ মপৈস্থ কর্ণ তম্ন পাইশিল্লকলি। তেলশিং অথুনা আকাশবু পূমকূপ কূপ্‌খ্রে ॥৩৬॥ সনা হৎলবা লংলধা থোরবা তেলশিং মক্তনা ভীমনা নোংমদোম্বক্ত ভেস্তুসী মালা অম কোইরপ্ কোয়না পাকচাউনা লেংথুনা থমখি ॥৩৭॥ হায়খিবা তেলগী পাকচাউরকা চক্র অসিনা নোংমদোস্তক্ত কোয়রৈ লৈত্থনা কর্ণগী তেল মপৈ মপৈ অথুবু ককতুনা থাদখি ॥৩৮॥ মনম্-মনম্ পাইশিল্লকপা কর্ণগী তেল মপৈ মপৈ অথুনা অথুগা ভীমগী, মচীন্দা মৈহৌরবা—তেস্ত্রেদগী মৈরীক প্রেক্ প্রেক্ কামথোকলবা তেল মপৈ মপৈ অথুগনা আকাশ পূম্ন পূমকুপ্ কূপ্‌খ্রে ॥৩৯॥ মতৌ অম্নুম্না আকাশ পূম্বা তেম্না কুপগ্রথদা,

স ভীমং ছাদয়ন্ বাণৈঃ সূতপুত্রঃ পৃথগ্বিধৈঃ। উপারোহদনাদৃত্য তস্য বীর্য্যং মহাত্মনঃ ॥৪১॥
তয়োর্বিসৃজতোস্তত্র শরজালানি মারিষ। বায়ুভূতান্যদৃশ্যন্ত সংসক্তানীতরেতরম্ ॥৪২॥
অন্যোন্যশরসংস্পর্শাত্তয়োর্ভরতসিংহয়োঃ। আকাশে ভরতশ্রেষ্ঠ। পাবকঃ সমজায়ত ॥৪৩॥
তস্মৈ কর্ণঃ শিতান্ বাণান্ কর্ম্মারপরিমার্জিতান্। সুবর্ণবিকৃতান্ ক্রুদ্ধঃ প্রাহিণোদ্বধকাঙ্ক্ষয়া ॥৪৪॥
তানন্তরীক্ষে বিশিখৈস্ত্রিধৈকৈকমশাতয়ৎ। বিশেষয়ন্ সূতপুত্রং ভীমস্তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥৪৫॥
পুনশ্চাস্ত্রবহুপ্রাণি শরবর্ষাণি পাণ্ডবঃ। অমর্ষী বলবান্ ক্রুদ্ধো দিধক্ষন্নিব পাবকঃ ॥৪৬॥
ততশ্চটচটাশব্দো গোধাঘাতাদভূত্তয়োঃ। তলশব্দশ্চ সুমহান্ সিংহনাদশ্চ ভৈরবঃ।
রথনেমিনিনাদশ্চ জ্যাশব্দশ্চৈব দারুণঃ ॥৪৭॥
যোধা ব্যুপারমন্ যুদ্ধাদ্দিদৃক্ষবঃ পরাক্রমম্। কর্ণপাণ্ডবয়ো রাজন্! পরস্পরবধৈষিণোঃ ॥৪৮॥

---

নুমিৎকী মশক উখিল্লে, সুংশিং চপ্‌ লেপত্রে, আকাশগী মরমদা করিগুম্ব বিষয় অমত মখম্ খঙ্‌খিল্লে * ॥৪০॥

কর্ণনা তেলতনা ভীমসেনবু কূপশিনখিদুনা কন্নিমত থোশাদনা, মহাত্মা ওইরবা ভীম মাগী শক্তিগী মথক্তা তোংদুনা লৈখিবগুম তৌত্রে। (হায়বদি ভীমগী শক্তিগী মথক্ত কর্ণগী শক্তিনা লৈত্রে হায়বনি) ॥৪১॥ মহারাজ! অকনবা অনী অসিনা কাপ্‌খৎনরকপা তেল মপৈ মপৈনা অমগমগা মশমমশমনখিদুনা তেলগী লাংনা অতিয়া মকোয় অসি পুমকুপ কুপথ্রে ॥৪২॥ অদুগা মহারাজ! অকনবা অনী অসিগী তেলশিংনা অমগমগ থেংন তরুবদা নোংমদোনগী মকম মকমদা মৈ হৌদুনা পুমঙাল্ পুমঙাল অদুমমুক ঙাল্লকই ॥৪৩॥ ভীমবু মহাৎলগে হায়ন খনখিদুনা মথৌ শঙলবা ক্ষুরগী মচীনগুম পারবা থোরবা মচীনপানবা তেলগী মপৈমক্ত কর্ণনা কাপ্‌শিল্লকলে ॥৪৪॥ মকুম অদুদা কর্ণদগী হেল্লি হায়বসি খঙহনগে হায়বগী মতাগুম কর্ণগী অদুক রাম্বা তেলশিং অদুগী অমমম্বু ভীমনা মাগী তেন্না মত্তেক অহুম অহুম থোক্ল ককথৎতুনা থাদখি ॥৪৫॥ মৈচাক কন চাকশিল্লকপা মৈগী মতৌগুম্বা, শাউবনসু মৈ হৌরবা, মীনা লাকচবা য়াদবা, মরিল লৈবা ভীমসেন অকিবগী মশক ওইরবা খুৎলায়মক্ত কর্ণগী মথকত হৈথরকলে ॥৪৬॥ মখোয়গী খুখাঙপা তেলগা তরুবগী খোল্লা, ছেৎ-ছাৎ লাউবা মখোল্লা, কাপথোনরকপগী তং-তং লাউবা মখোল্লা, লাউনরকপা সিংহনাদগী মখোল্লা, রথচাকাগী ক্রেক-ক্রাক লাউবা মখোল্লা লাল্‌কম অদু পুম্ননিন্ নিনথ্রে ॥৪৭॥ মহারাজ! অদুদগীদি অতৈ লাম্মীশিংনা ভীম-কর্ণ অনীগী লাল অদুবু অদুগা মখোয় অনীসি কনানা হেন্‌থিবগে হায়বদু য়েংগদবগী মাগী মাগী খুৎলায় থাদোক্‌-

---

টীকা :— আকাশগী বিষয় হায়বদি মরু ওইনা খা-রাং নোংপোক নোংচুপ-নচিংবা মায়কৈগ অদুগা নুমিৎ-খা থরানমিচাকনচিংবা—অদুগা আকাশদা হুমলিবা সুংশিংকী মায়কৈ, পাইরিবা নোং—অসিনচিংববু হায়বনি। মখোয়গী মরমদা করিমত খঙখিল্লে হায়বনি ॥

দেবর্ষিসিদ্ধগন্ধর্ব্বাঃ সাধু সাধ্বিত্যপূজয়ন্ । মুমুচুঃ পুষ্পবর্ষঞ্চ বিদ্যাধরগণাস্তথা ॥৪৯॥
ততো ভীমো মহাবাহুঃ সংরব্ধো দৃঢ়বিক্রমঃ । অস্ত্রৈরস্ত্রাণি সংবার্য্য শরৈর্বিব্যাধ সূতজম্ ॥৫০॥
কর্ণোঽপি ভীমসেনস্য নিবার্য্যেষূন্ মহাবলঃ । প্রাহিণোন্নব নারাচানাশীবিষসমান্ রণে ॥৫১॥
তাবদ্ভিরথ তান্ ভীমো ব্যোম্নি চিচ্ছেদ পত্রিভিঃ । নারাচান্ সূতপুত্রস্য তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥৫২॥
ততো ভীমো মহাবাহুঃ শরং ক্রুদ্ধান্তকোপমম্ । মুমোচাধিরথের্বীরো যমদণ্ডমিবাপরম্ ॥৫৩॥
তমাপতন্তং চিচ্ছেদ রাধেয়ঃ প্রহসন্নিব । ত্রিভিঃ শরৈঃ শরং রাজন্ । পাণ্ডবস্য প্রতাপবান্ ॥৫৪॥
পুনশ্চাস্যসৃজদ্ঘোরাণি শরবর্ষাণি পাণ্ডবঃ । তস্য তান্যাদদে কর্ণঃ সর্ব্বাণ্যস্ত্রাণ্যভীতবৎ ।
যুধ্যমানস্য ভীমস্য সূতপুত্রোঽস্ত্রমায়য়া ॥৫৫॥
তস্যেষুধী ধনুর্জ্যাঞ্চ বাণৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ । রশ্মীন্ যোক্ত্রাণি চাশ্বানাং ক্রুদ্ধঃ কর্ণোঽচ্ছিনন্মৃধে ॥৫৬
তস্যাশ্বাংশ্চ পুনর্হত্বা সূতং বিব্যাধ পত্রিভিঃ । সোঽপস্থত্য দ্রুতং সূতো যুধামন্যো রথং যযৌ ॥৫৭॥
বিহসন্নিব ভীমস্য ক্রুদ্ধঃ কালানলদ্যুতিঃ । ধ্বজং চিচ্ছেদ রাধেয়ঃ পতাকাঞ্চ ব্যপাতয়ৎ ॥৫৮॥
স বিধম্বা মহাবাহুরথ শক্তিং পরামৃশৎ । তামবাসৃজদাবিধ্য ক্রুদ্ধঃ কর্ণরথং প্রতি ॥৫৯॥

---

কতুনা ভাবুক ওইনা য়েংহুনা লৈনখ্রে ॥৪৮॥ নোংমদোম্বক্ক কুম্বৈ য়েংলিবা লাইয়ামশিংনা, সিদ্ধ-সাধ্য চারণশিংনা গন্ধর্ব্ব-বিদ্যাধরশিংনা "সাধু-সাধু" (ভালো-ভালো) হায়না লাউনরকই। বিদ্যাধর পুম্বনা লৈ খুজোক-খুজোক পায়দুনা চাইথরকই ॥৪৯॥ অদুদগী মথৌনা মপাঙ্গল লৈরবা ভীমনা কর্ণগী তেল ময়াম্ অদুবু থিংলগ কর্ণদা তেল মনম্ মনম্ কাপ্‌শিল্লকই ॥৫০॥ কল্লবা কর্ণসু ভীমগী তেল ময়াম্ অদু ঙাকথোক্লগা, লিল্‌গা মান্নবা মহু কল্লবা য়েৎতুম্ মচীন্ শাবা তেল মাপল্ ভীমদা কাপ্‌শিল্লকই ॥৫১॥ পাইশিল্লকলিবা তেল্ মাপল্ অদুবু ভীমনা লম্মথাঙদা ককথত্তুনা থাদরগা "নং ঙসি খাঙউ। খাঙউ।" হায়না লাউরকই ॥৫২॥ অসি হায়রম্রগা ভীমনা অমুক্ অতোপ্পা, যমরাজগী চৈতুপ্ কুপ্পা থৌরব খুংলায় অম কর্ণ তম্ম কাপ্‌শিল্লকই ॥৫৩॥ কর্ণনা পাইশিল্লকলিবা খুংলায় অদুবু থৌরবা তেল অহুমনা লম্মথাঙদা মতেক্ অহুম্ থোক্ক—ককথত্তুনা থাদখি ॥৫৪॥ অদুদগী ভীমনা অশাউবগা লোয়ননা তেল্ মনম্ মনম্ নোংচুপবগুম্ কর্ণগী মথকত কাপ্‌শিল্লকই। মতম অদুদা হৈশিংলবা কল্লবা কর্ণনা নোক্ক নোক্ক ভীমগী তেল-খুংলায় ময়াম্ অদুবু ঈরায় লায়না, থোঙকম্ নামত লেঙদনা লৈহুনা ঙাকথোকখি ॥৫৫॥ অদুদগী ওহাক্ লৈরগা শাউরবা কর্ণনা থৌরবা তেল থর কাপ্‌শিল্লকতুনা, ভীমগী তেন্দোং অনী, লীরী, শগোল মরিগী চুপ্পী—পুম্নমক্ অসি অমুক্তদা ককথৎ-খি ॥৫৬॥ অদুদগী অমুক্ কর্ণনা ভীমগী শগোল মরি অদুবু হাৎলগা সারথিদা সাখিনা থাখি। অদুদগী ভীমগী সারথি বিশোক অসি রথ অদুদগী কল্ হেক্ চোংথোকখিহুনা যুধামন্যুগী রথদা চোংখৎখি ॥৫৭॥ অদুদগী প্রলয়গী মৈগী মতৌগুম্বা কর্ণনা নোক নোক্তনা ভীমগী ফিরালবু ককথত্তুনা থাদখি ॥৫৮॥ মতম্ অদুদা রথ য়াওদ্রবা ভীমনা শাংলবা লংলবা—থৌরবা তা অমা শংহুনা কর্ণ তম্না লংশিল্লকই ॥৫৯॥ শংঙাইশেন্দ্রগুম্ পাইশিল্লরুবা তেল অদুবু কর্ণনা তেল্ তরানা

তামধিরথিরায়ান্তঃ শক্তিং কাঞ্চনভূষণাম্ । আপতন্তীং মহোল্কাভাং চিচ্ছেদ দশভিঃ শরৈঃ ॥৬০॥
সাপতদ্দশধা ছিন্না কর্ণস্য নিশিতৈঃ শরৈঃ । অস্যতঃ সূতপুত্রস্য মিত্রার্থে চিত্রযোধিনঃ ॥৬১॥
স চর্ম্মাদত্ত কৌন্তেয়ো জাতরূপপরিষ্কৃতম্ । খড়গঞ্চান্যতরং প্রেপ্সুর্ম্মৃত্যোরগ্রে জয়ং মরণমেব বা ॥৬২॥
তদস্য তরসা কর্ণো ব্যধমচ্চর্ম্ম সুপ্রভম্ । শরৈর্ব্বহুভিরত্যুগ্রৈঃ প্রহসন্নিব ভারত । ॥৬৩॥
স বিচর্ম্মা মহারাজ ! বিরথঃ ক্রোধমূর্চ্ছিতঃ । অসিং প্রাসৃজদাবিধ্য ত্বরন্ কর্ণরথং প্রতি ॥৬৪॥
স ধনুঃ সূতপুত্রস্য সজ্যং ছিত্বা মহানসিঃ । পপাত ভুবি রাজেন্দ্র ! ক্রুদ্ধঃ সর্প ইবাম্বরাৎ ॥৬৫॥
ততঃ প্রহস্যাধিরথিরন্যদাদায় কার্ম্মুকম্ । শত্রুঘ্নং সমরে ক্রুদ্ধো দৃঢ়জ্যং বেগবত্তরম্ ॥৬৬॥
ব্যায়চ্ছৎ স শরান্ কর্ণঃ কুন্তীপুত্রজিঘাংসয়া । সহস্রশো মহারাজ ! রুক্মপুঙ্খান্ সুতেজনান্ ॥৬৭॥

( যুগ্মকম্ )

স বধ্যমানো বলবান্ কর্ণচাপচ্যুতৈঃ শরৈঃ । বিহায়সং প্রাক্রমদ্বৈ কর্ণস্য ব্যথয়ন্ মনঃ ॥৬৮॥
স তস্য চরিতং দৃষ্ট্বা সংগ্রামে বিজয়ৈষিণঃ । লয়মাস্থায় রাধেয়ো ভীমসেনমবঞ্চয়ৎ ॥৬৯॥
তঞ্চ দৃষ্ট্বা রথোপস্থে নিলীনং ব্যথিতেন্দ্রিয়ম্ । ধ্বজমস্য সমারুহ্য তস্থৌ ভীমো মহীতলে ॥৭০॥
তদস্য কুরবঃ সর্ব্বে চারণাশ্চাভ্যপূজয়ন্ । যদিয়েষ রথাৎ কর্ণং হর্তুং তার্ক্ষ্য ইবোরগম্ ॥৭১॥

---

লম্মখাভদা ককথত্তুনা থাদখি ॥৬০॥ দুর্য্যোধনগী মরূপ, সূতগী মচা, হৈশিংলবা কর্ণনা দুর্য্যোধনগী দমক্তা, ককথংথ্রবা তা অহু মতেক্ মতেক্ থোক্ল লৈমায় থক্ত ভাখি ॥৬১॥

মতম্ অহুদা শিয়ে-চঙলে অহু মঙায়য়ে হায়হুনা ভীমসেন অসি থাঙ্ চুঙোয় পায়থংলি ॥৬২॥ ভরতনন্দন ! মতম্ অহুদা কর্ণনা নোক্ল-নোক্ল ভীমগী মথুত্ত পায়রিবা কজরবা চুঙোয় অহু ককথত্তুনা থাদখি ॥৬৩॥ মতম্ অহুদা রথয়াওদ্রবা, চুঙোয় ককথংথ্রবা ভীম অসি অশাউবনা মৈহৌখিহুনা মহাক্কী থোরবা লংলবা থাঙশাং অহু কর্ণগীরথতম্ন লাক্তুনা লংওকই ॥৬৪॥ মহারাজ ! থাঙ অহুনা পাইশিল্লক্তুনা কর্ণগী মথুত্ত পায়রিবা লীরুং অহু লীরাগ লোয়ননা ককথংলম্নগা নোংমদোল্দ পাইথংথ্রগা, অমুক্ চপ্ রুংনা শাউরবা লিল্ অমগুম্না লৈমায়থক্ত তারকই ॥৬৫॥ মহারাজ ! মতম্ অসিদা, কর্ণনা মোমোন্ নোক্তুনা ভীমবু হাংলগে হায়ন খল্লুনা অকিবগী মশক্ ওইরবা, য়েক্লবা হাংওম্বা লীরুং অম লৌখত্তুনা অমুক্তদা কাপ্ল ওইনা লংলবা তেল্‌লিশিং অমব্ মথং মথং ভীমলোম্‌দা কাপ্‌শিল্লকই ॥৬৬-৬৭॥ কর্ণগী লীরুংদগী পাইখোরক্পা তেল্ ময়াম্ অহুনা পাল্লবদা কন্থোরবা ভীম অসি কর্ণবু ঈথকথকহন্না নোংমদোল্দ রায় রাংনা কল্ হেক্ চোংথংখি ॥৬৮॥ লাল্‌কম্‌দা জয় ওইগে হায়না হোৎনরকলবা ভীমসেননা তৌরক্‌দৌরিবা মতা অহু উবদা কর্ণ অসি মহাক্কী রথগী যুম্বী অমগী মরুম্‌দা লৈশিন্দুনা, ভীমদু উহন্দনা থৃপ্তুনা লৈখি ॥৬৯॥ রথমথক্ত, মিপাইহুনা লোত্তুনা কর্ণনা লৈবহু উবদা ভীম অসি মথক্তগী চোংথরক্তুনা কর্ণগী কিয়াল্ চৈথোক্ অহু পায়হুনা লৈমায়থক্ত চপ্ লেপ্পি ॥৭০॥ নোংমদোহক্ত কুশৈ য়েংলিবা লাইরাম্না, কৌরব লাম্মীশিংমরুম্ন ভীমগী অঙকপা থবক্ অসি উবদা

স ছিন্নধন্বা বিরথঃ স্বধর্ম্মমনুপালয়ন্। স্বরথং পৃষ্ঠতঃ কৃত্বা যুদ্ধায়ৈব ব্যবস্থিতঃ ॥৭২॥
তদ্বিহত্যাস্য রাধেয়স্তত এবং সমক্ষয়াৎ। সংরম্ভাৎ পাণ্ডবং সংখ্যে যুদ্ধায় সমবস্থিতম্ ॥৭৩॥
তৌ সমেতৌ মহারাজ! স্পর্দ্ধমানৌ মহাবলৌ। জীমূতাবিব ঘর্ম্মান্তে গর্জ্জমানৌ নরর্ষভৌ ॥৭৪॥
তয়োরাসীৎ সম্প্রহারঃ ক্রুদ্ধয়োর্নরসিংহয়োঃ। অমৃষ্যমাণয়োঃ সংখ্যে দেবদানবয়োরিব ॥৭৫॥
ক্ষীণশস্ত্রস্তু কৌন্তেয়ঃ কর্ণেন সমভিদ্রুতঃ। দৃষ্ট্বার্জ্জুনহতান্ নাগান্ পতিতান্ পর্ব্বতোপমান্।
রথমার্গবিঘাতার্থং ব্যায়ুধঃ প্রবিবেশ হ ॥৭৬॥
হস্তিনাং ব্রজমাসাদ্য রথদুর্গং প্রবিশ্য চ। পাণ্ডবো জীবিতাকাঙ্ক্ষী রাধেয়ং নাভ্যহারয়ৎ ॥৭৭॥
ব্যবস্থানমথাকাঙ্ক্ষন্ ধনঞ্জয়শরৈর্হতম্। উদ্যম্য কুঞ্জরং পার্থস্তস্থৌ পরপুরঞ্জয়ঃ।
মহৌষধিসমাযুক্তং হনুমানিব পর্ব্বতম্ ॥৭৮॥
তমস্য বিশিখৈঃ কর্ণো ব্যধমৎ কুঞ্জরং পুনঃ। হস্ত্যঙ্গান্যথ কর্ণায় প্রাহিণোৎ পাণ্ডুনন্দনঃ ॥৭৯॥
চক্রাণ্যশ্বাংস্তথা চান্যদ্যদ্যৎ পশ্যতি ভূতলে। তত্তদাদায় চিক্ষেপ ক্রুদ্ধঃ কর্ণায় পাণ্ডবঃ।
তদস্য সর্ব্বং চিচ্ছেদ ক্ষিপ্তং ক্ষিপ্তং শিতৈঃ শরৈঃ ॥৮০॥

---

থোইনা থাগৎখি। মরম্‌দি লিল্‌বু কায়পে-হাৎলগে হায়বগী মমক্ত পক্কড়না মোংমদোহক্তগী পাইথরক্‌প অমুগুম, কর্ণবু ভীমনা রথদগী চিংথক্লুনা হাৎকে হায়না হোৎনখি ॥৭১॥ জীরুং কক্‌থ্রবা, রথয়াওদ্রবা ভীমসেন অসি ক্ষত্রিয়ধর্ম্মগী মতুংইন্না নীঙহল্লদবা লাল্‌কম্‌দা মথ্‌ৎই থাগে খল্লুনা মহাক্কী রথবু তুংওইনবা থম্‌তুনা কর্ণগী মাঙদা চপ্‌ লেপ্পি ॥৭২॥ ভীমনা তৌরিবা থবক্ অদু অরেম্বদ তাবদ্রু উবদা মরিল্‌ মথোনাগা লোয়ননা শোক্লগে হায়না খল্লিবা কর্ণনা ভীমতক্‌ ফুক্কিল্লক্‌ই ॥৭৩॥ অদুদগীদি; মহারাজ! কচ্ছৌবা, মরিল্‌ নৈব মাপ্পরবা অনী অসি হক্কোক্লুনা, ঙংলবা-খোংলবা নোং মতুম্ অনীগুম্না অমুক্‌ হন্না কন্না খেংনবা হৌখি ॥৭৪॥ শাউনরবা, মরিল্‌ নৈবা-মথোনা নৈবা মাপ্পরবা; নিপা অথোইবা কর্ণ-ভীম অনী অসি লাই-হিংচাবা অনীনা মুখামুখি খেংনবগুম্না অকিবকংনা খেংনখি ॥৭৫॥ খুৎলায় য়াওদ্রবা ভীমদা কর্ণনা আক্রমন তৌশিল্লক্‌পদি উবদা ভীমনা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীনা শাথিনা নৈহৎতুনা থনম্বা শামুশিং অদুগী মরক্ত চঙশিন্দুনা কর্ণনা অমুকন্তু চঙবা ঙমদনবা, নৈশিন্দুনা নৈখি ॥৭৬॥ ভীমনা মশাবু কন্নবা শামুশিংগী মরক্ত চঙশিন্‌খিহুনা, তেক্‌তুনা তাখিবা রথশিং অদুগী মরক্‌দা থুপ্লুনা নৈখিবদু উবদা কর্ণনা অহোবা অমুক আক্রমন তৌরক্রে ॥৭৭॥ মপাক্কল মথোনা নৈনবা য়েক্কবা ওম্বা ভীমসেননা অমুক শোক্লখিগে খল্লুনা অর্জ্জুনগী তেন্না পান্দুনা শিরবা শামু অমবু, বিশল্যকরনী কৌবা চীংদা পাম্বীশিংগা লোয়ননা গন্ধমাদন কৌবা চীঙবু হনুমাননা থাংগৎলক্‌পদুগুম্না, থাংগৎলক্কুনা চপ্‌ লেপথৎলক্‌ই ॥৭৮॥ অদুদগী কর্ণনা ভীমনা থাংগৎলক্‌লিবা শামু অদুবু মচেৎ মচেৎ থোক্লুনা কক্‌থৎতুনা পাইথোক্‌হনখি। অদুদগী ভীমনা শামুশিং অদুগী মশাদগী মখোঙ, মথুৎ, মন্না চেংচেংবুনা কক্‌ককতুনা কর্ণথোমদা লংশিল্লক্‌ই ॥৭৯॥ মতৌ অসুম্না শাউরবা ভীমনা কনাগী শামু শখোল,

ভীমোঽপি মুষ্টিমুদ্যম্য বজ্রগর্ভং সুদারুণম্। হন্তমৈচ্ছৎ সূতপুত্রং সংস্মরন্নর্জ্জুনং ক্ষণাৎ ॥৮১॥
শক্তোঽপি নাবধীৎ কর্ণং সমর্থঃ পাণ্ডুনন্দনঃ। রক্ষমাণঃ প্রতিজ্ঞাং তাং যা কৃতা সব্যসাচিনা ॥৮২॥

( যুগ্মকম্ )

তমেবং ব্যাকুলং ভীমং ভূয়ো ভূয়ঃ শিতৈঃ শরৈঃ। মূর্চ্ছয়াভিপরীতাঙ্গমকরোৎ সূতনন্দনঃ ॥৮৩॥
ব্যায়ুধং নাবধীচ্চৈনং কর্ণঃ কুন্ত্যা বচঃ স্মরন্। ধনুষোঽগ্রেণ তং কর্ণস্ত্বভিদ্রুত্য পরামৃশৎ ॥৮৪॥
বিহসন্নিব রাধেয়ো বাক্যমেতদুবাচ হ। পুনঃ পুনস্তূবরক। মূঢ়কৌদরিকেতি চ।
অকৃতাস্ত্রক! মা যোৎসীর্বাল! সংগ্রামকাতর! ॥৮৫॥

যত্র ভোজ্যং বহুবিধং ভক্ষ্যং পেয়ঞ্চ পাণ্ডব! তত্র ত্বং দুর্মতে! যোগ্যো ন যুদ্ধেষু কদাচন ॥৮৬॥
মূলপুষ্পফলাহারো ব্রতেষু নিয়মেষু চ। উচিতস্ত্বং বনে ভীম! ন ত্বং যুদ্ধবিশারদঃ ॥৮৭॥
ক্ব যুদ্ধং ক্ব মুনিত্বঞ্চ বনং গচ্ছ বৃকোদর!। ন ত্বং যুদ্ধোচিতস্তাত! বনবাসরতির্ভবান্ ॥৮৮॥
সূদান্ ভৃত্যজনান্ দাসাংস্ত্বং গৃহে ত্বরয়ন্ ভৃশম্। যোগ্যস্তাড়য়িতুং ক্রোধাদ্ভোজনার্থং বৃকোদর! ॥৮৯॥

---

রথনচিংবা অকং অফংবা পায়খত্রূনা কর্ণরোম্দা লংশিন্নকৃই। কর্ণনস্থ মথোয়দুবু তেন্না কক্কক্তূনা থাদখি ॥৮০॥ মপাঙ্গল কল্লবা পাণ্ডুনন্দন ভীমসেননা মহাক্কী বজ্রগা মানরবা খুতুম্ অত চীঙতুনা চোংশিনখিদুনা কর্ণগী মথ্‌াই লৌরগে হায়না হোৎনরকৃপসিদা মীকুপ অমগী মতুংদা ভীমনা মনাও নিপা অর্জ্জুনগী ৱাশক্ অদু নিঙশিংঙকই। অর্জ্জুননা কর্ণবু হাৎকনি হায়না ৱাশকখিবদু নীঙশিংঙকতূনা ভীমনা কর্ণবু হাৎখিদে ॥৮১-৮২॥ ভীমনা অসুম্না লৈরিঙৈ মতমদা কর্ণনা ভীমদা খোয় খোয়বা তেন্না থাজিল্লক্তূনা ভীমবু জ্ঞান তাহনখিহ্রে ॥৮৩॥ কর্ণসু মমা কুন্তীনা হায়জখিবদু নীঙশিংঙকতূনা ভীমগী মথ্‌াই মক্তি লৌখিদে। অদুদা প্রপ্রপ্ চঙশিন্‌খিদুনা কর্ণনা ভীমগী মকোক্তা লীরুং খোংজীনা শোকৃলুই ॥৮৪॥ কর্ণনা নোক্ন নোক্না ভীমদা অসুম্না হায়রকই :—
"হৈ অপঙ্‌বা! পুকচাউবা! মহৈ হৈতবা! লান্দ নীঙহম্নবা! নমায় পান্দবা! নং অমুক ঐপা খেংনগন্নু হৈ!" ॥৮৫॥ পাণ্ডুগী মচা! কত্রবা! অচাখক্ অথুম্ অহাউ য়ায়া লৈবা মফমদা নং হৌজিমক চৎপ্রো; লালফমদি নংগী মতীক চাবা মফম নত্তে। নংগী মতীকচাবা মফমদি অচাপোৎ লৈবা মফমদা ॥৮৬॥
ভীম! নংদি অদুগুৈ বনদা লৈরিঙৈদা ব্রত নিয়ম য়ায়া তৌয়রুবা মী অম ওইরবনিনা বনগী উহৈ-ৱাহৈ চাদুনা লৈরুবনা মতীক চায়। নংনা লালগী মরমদা করি খঙগনি ॥৮৭॥ মুনি লাইলিংবা নংনা কদায়দা, অদুগা অবন্ব মীগী থবক্ লাম কদায়দা. কয়া য়ায়া খেন্নে। অদুনা বৃকোদর! বনদা অমুক্ চৎপ্রোহৈ! মরমদি নং লালগী মতীক্ চাদ্রি, বনপাদা! বনদ লৈরুখো ॥৮৮॥ বৃকোদর! চাক্ লামন্‌থিদুনা নয়ুমদা চাকথোক্‌লগ্ঙদ লৈবা পুজাসী ননাইশিংদা। ফুচৈবগী শক্তি অদুনা লান্দা য়াব পোৎ নত্তে ॥৮৯॥ কুন্তীগী মচা! পূক্‌চেল কত্তবা ভীম! মুনি

মুনিভির্ব্বাথবা ভীম! ফলান্যত্তি সুদুর্ম্মতে।। বনায় ব্রজ কৌন্তেয়! ন ত্বং যুদ্ধবিশারদঃ।৯০।
ফলমূলাশনে যুক্তস্ত্বং তথাতিথিপূজনে। ন ত্বাং শস্ত্রসমুদ্‌যোগে যোগ্যং মন্যে বৃকোদর!।৯১।
কৌমারে যানি বৃত্তানি বিপ্রিয়াণি বিশাংপতে।। তানি সর্ব্বাণি চাপ্যেনং রূক্ষাণ্যশ্রাবয়দ্‌ভৃশম্।৯২।
অথৈনং তত্র সংলীনমস্পৃশদ্ধনুষা পুনঃ। প্রহসংশ্চ পুনর্ব্বাক্যং ভীমমাহ বৃষস্তদা।৯৩।
যোদ্ধব্যং মারিষান্যত্র ন যোদ্ধব্যন্তু মাদৃশৈঃ। মাদৃশৈর্যুধ্যমানানামেতচ্চান্যচ্চ বিদ্যতে।৯৪।
গচ্ছ বা যত্র তৌ কৃষ্ণৌ তৌ ত্বাং রক্ষিষ্যতো রণে। গৃহং বা গচ্ছ কৌন্তেয়। কিং তে যুদ্ধেন বালক।৯৫।
এবং তং বিরথং কৃত্বা কর্ণো রাজন্। ব্যকত্থত। প্রমুখে বৃষ্ণিসিংহস্য পার্থস্য চ মহাত্মনঃ।৯৬।
ততো রাজন্ শিলাধৌতান্ শরান্ যাখাম্বগধ্বজঃ। প্রাহিণোৎ সূতপুত্রায় কেশবেন প্রচোদিতঃ।৯৭।
ততঃ পার্থভুজোৎসৃষ্টাঃ শরাঃ কনকভূষণাঃ। গাণ্ডীবপ্রভবাঃ কর্ণং হংসাঃ ক্রৌঞ্চমিবাবিশন্।৯৮।
স ভুজঙ্গৈরিবাবিষ্টৈর্গাণ্ডীবপ্রেষিতৈঃ শরৈঃ। ভীমসেনাদপাসেধৎ সূতপুত্রং ধনঞ্জয়ঃ।৯৯।
স ছিন্নধন্বা ভীমেন ধনঞ্জয়শরাহতঃ। কর্ণো ভীমাদপায়াসীদ্রথেন মহতা দ্রুতম্।১০০।

---

ওইদুনা, তপস্বী ওইদুনা বনদা পুনশি চুপ্প অদুম মরৈখ্রে।। মরম্‌দি নহাক্ লাল হৈত্রি॥৯০॥
"বৃকোদর! পুক্‌চাউবা! বনগী উহৈ রাহৈ চাব মুনি নংদি মীগী থোঙ্গান্দ লেপ্তু্না অতিথি
ওইরুগদবা মীশক্তি। ঐনা খনবদি নহাক্ খুৎলায় পায়বা ফাওবা মতীক্ চাত্রি" ॥৯১॥
মহারাজ! কর্ণনা মত্তৌ অমুম্না, ভীমনা মমাঙৈদা অঙাং ওইরিঙৈদা তৌখিবা নুংঙাইতবা থবক
পূম্বদু শীঙথানদুনা ভীমদা থীনা হায়খি॥৯২॥ অদুদগী কর্ণনা অমুক্ শাম্ মকম্‌দা থ্প্তু্না
লৈরিবা ভীমগী মকোক্ত লীরুং খোংজীনা অমুক শোক্‌ই। নোক্ নোক্তু্না হায়রক্‌ই॥৯৩॥
হৌনবা খঙবা ভীম! নংগা লাল শোরুরুগদবদি নমান্নবশিংগা। নংগা লান্থা চাদবা অকনবা
ঐখোয়গুম্বগা শোরুগদব নত্তে। মরম্‌দি ঐখোয়গুম্বগা শোরুরবদি হৌজিক্ অরাব তাস্রিবা
ঈকায়বা ফংলিবসিদগী হেন্না ওন্থোক্ ওন্থোকপা অরাবা য়াম্না ফ খিগনি থঙত্॥৯৪॥ "অপঙবা!
কুন্তীগী মচা' কৃষ্ণ অর্জ্জুননা লৈরিবা মফম অদুদা যৌদি য়ৌজখ্রে।। মখোয় অনীতনা নংবু
কনবিগনি। নত্রগা নযুমদা তুমিন্ন হনখ্রো। কৰি কান্নগদগে নংনা লাল শোরুদুনা" ॥৯৫॥
মহারাজ। খুৎত্ত খুৎলায় রথ যাওদ্রবা ভীমবু কর্ণনা কৃষ্ণ অর্জ্জুনগী মমাঙমক্তদ চৈদুনা নাপল
তৌখি॥৯৬॥ মহারাজ। মতম্ অসিদা কৃষ্ণগী ঈঙ্গিতগী অর্জ্জুননা মখৌ শঙ্‌লব তেল মক্ত
কর্ণদা কাপ্‌শিল্লক্‌ই॥৯৭॥ মতম অসিদা অর্জ্জুনগী গাণ্ডীব লীরুংদগী পাইথোরক্‌পা, সনাহৎলবা
তেলশিং অদুনা, কাংঙ মপেনা ক্রৌঞ্চ চীঙগী চীঙমায়দা পাইশিনখিবগুম্ কর্ণগী হকচাং নুংদা
পাইশিনখি॥৯৮॥ অদুদগী অর্জ্জুননা গাণ্ডীবদগী কাপ্‌থোরক্‌পা মথুল্ চঙথিবা লিলগুম্ব তেলশিং
অদুনা কর্ণবু ভীমগী মনাক্তগী চেন্থোকহনখি॥৯৯॥ অদুদগী ভীমনা নারোন্দা কর্ণগী লীরুং অদু
ককথৎখি। অর্জ্জুনসু তেন্না কন্ন-কন্ন থাজিল্লকই। অদুদগী কর্ণ অসি মাগী চাউরবা রথ অদুগী
মথক্ত তোংথত্তূনা থ্নায়াঙনা ভীমবু থাদোকলম্‌দুনা চেনখি॥১০০॥ অদুদগীদি ভীমসু সাত্যকিগী

ভীমোঽপি সাত্যকের্বাহং সমারুহ্য নরর্ষভঃ। অন্বয়াদ্ভ্রাতরং সংখ্যে পাণ্ডবং সব্যসাচিনম্ ॥১০১॥
কর্ণং সমুদ্দিশ্য ত্বরমাণো ধনঞ্জয়ঃ। নারাচং ক্রোধতাম্রাক্ষঃ প্রৈষীন্মৃত্যুমিবান্তকঃ ॥১০২
গরুত্মানিবাকাসে প্রার্থয়ন্ ভুজগোত্তমম্। নারাচোঽভ্যপতৎ কর্ণং তূর্ণং গাণ্ডীবচোদিতঃ ॥১০৩॥
তমন্তরীক্ষে নারাচং দ্রৌণিশ্চিচ্ছেদ পত্রিণা। ধনঞ্জয়ভয়াৎ কর্ণমুজ্জিহীর্ষন্ মহারথঃ ॥১০৪॥
ততো দ্রৌণিং চতুঃষষ্ট্যা বিব্যাধ কুপিতোঽর্জ্জুনঃ। শিলীমুখৈর্মহারাজ! মা গাস্তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥১০৫॥
স তু মত্তগজাকীর্ণমনীকং রথসঙ্কুলম্। তূর্ণমভ্যাবিশদ্দ্রৌণির্ধনঞ্জয়শরার্দ্দিতঃ ॥১০৬॥
ততঃ সুবর্ণপৃষ্ঠানাং চাপানাং কূজতাং রণে। শব্দং গাণ্ডীবঘোষেণ কৌন্তেয়োঽভ্যভবদ্বলী ॥১০৭॥
ধনঞ্জয়স্তথা যান্তং পৃষ্ঠতো দ্রৌণিমভ্যয়াৎ। নাতিদীর্ঘমিবাধ্বানং শরৈঃ সংত্রাসয়ন্ বলী ॥১০৮॥
বিদার্য্য দেহান্ নারাচৈর্নরবারণবাজিনাম্। কঙ্কবর্হিণবাসোভির্বলং ব্যধমদর্জ্জুনঃ ॥১০৯॥
তদ্বলং ভরতশ্রেষ্ঠ! সবাজিদ্বিপমানবম্। পাকশাসনিরায়স্তঃ পার্থঃ সংনিজঘান হ ॥১১০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে ভীমপ্রবেশে ভীমকর্ণযুদ্ধে বিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

রথদ কাখৎখিন্তুনা লালকম্ অদুদা মনাও অর্জ্জুনগী মতুং ইনখি ॥১০১॥ অদুদগী অশাঙবনা মমীত্ত ঈ কারবা অর্জ্জুননা যমনা মৃত্যুবু থারকপন্থগুম্না থোরবা য়েত্তুম মচীন্ শাবা তেল অমনা কর্ণদ কাপলকই ॥১০২॥ অদুদগী অর্জ্জুনগী গাণ্ডীব লীরুংদগী পাইথোরকপা তেল অসিনা, লিল লাকে তাম্নরকৃপা গরুড়গী মতৌগুম্না নোংমদোন্থক্ক পাইখৎলকই ॥১০৩॥ মতম অসিদা, কর্ণবু অর্জ্জুনগী মথুত্তগী কনগে হায়না খন্দুনা অশ্বথামানা থোরবা তেল অম কাপ্খৎখিন্তুনা অর্জ্জুনগী তেল অদুবু ককথৎখি ॥১০৪॥ মহারাজ! মতম অসিদা শাউরবা অর্জ্জুননা থোরবা তেল হুম্ফু মরিনা কর্ণদা কম্ম থারগা "চেন্গনু, থাঙু!" হায়না লাউরকই ॥১০৫॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুনগী তেন্না পানবদা শাথিনা চৈনা কংহুনা শগোল শামু রথনা থল্লবা, কৌরব তেক্সোলগী মরক্ত চঙশিনখি ॥১০৬॥ অসিগী তুংদা অর্জ্জুননা খীংঙকৃপা লীরীগী মখোম্না অদুক য়াম্বা লাম্মীশিংগী লীরী খীঙবগী মখোল অদুবু নম্হৎখি ॥১০৭॥ অশ্বথামাগী অহুম্না লাল্লক্ত চেনশিনখিবসি উবদা অর্জ্জুননা খর লাপ্তক্না অশ্বথামানা মতুংদা তাম্নরক্লম্মি ॥১০৮॥ অদুদগী অর্জ্জুননা রাহোং মতুনা য়েন্দুনা তেন্না পানবা তেল লিশিং লিশিংনা কৌরবপক্ষগী শগোল শামু রথী খোঙমী মপৈ-মপৈবু উৎ ওইনা মাঙহল্লক্লে ॥১০৯॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ! অর্জ্জুন অসি মতম্ অসিদা চোক্তি চোকৃথরে হায়ববু মশাদা করিস্তু ইতৌ তৌদবগুম্ কৌরবপক্ষগী শগোল শামু রথী মপৈ-মপৈবু হাৎপদি লেপত্রি ॥১১০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বপদা জয়দ্রথবধগী মতাংদা ভীমপ্রবেশগী মনুংদা "ভীম কর্ণ যুদ্ধগী" চামকুনগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## একবিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামকুম্মাথোইশুবা অধ্যায়

( অলম্বুষ হাৎপা মতাং )

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

অহন্যহনি মে দীপ্তং যশঃ পততি সঞ্জয়। হতা মে বহবো যোধা মন্যে কালস্য পর্য্যয়ম্ ॥১॥
ধনঞ্জয়ঃ সুসংক্রুদ্ধঃ প্রবিষ্টো মামকং বলম্। রক্ষিতং দ্রৌণিকর্ণাভ্যামপ্রবেশ্যং সুরৈরপি ॥২॥
তাভ্যামূর্জ্জিতবীর্য্যাভ্যামাপ্যায়িতপরাক্রমঃ। সহিতঃ কৃষ্ণভীমাভ্যাং শিনীনামৃষভেণ চ ॥৩॥
( যুগ্মকম্ )

তদা প্রভৃতি মাং শোকো দহত্যগ্নিরিবাশ্রয়ম্। গ্রস্তানিব প্রপশ্যামি ভূমিপালান্ সসৈন্ধবান্ ॥৪॥
অপ্রিয়ং সুমহৎ কৃত্বা সিন্ধুরাজঃ কিরীটিনঃ। চক্ষুর্বিষয়মাপন্নঃ কথং জীবিতমাপ্নুয়াৎ ॥৫॥
অনুমানাচ্চ পশ্যামি নাস্তি সঞ্জয়! সৈন্ধবঃ। যুদ্ধস্তু তদ্‌যথা বৃত্তং তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়! ॥৬॥
যশ্চ বিক্ষোভ্য মহতীং সেনামালোড্য চাসকৃৎ। একঃ প্রবিষ্টঃ সংক্রুদ্ধো নলিনীমিব কুঞ্জরঃ ॥৭॥
তস্য মে বৃষ্ণিবীরস্য ব্রূহি যুদ্ধং যথাতথম্। ধনঞ্জয়ার্থে যত্তস্য কুশলো হ্যসি সঞ্জয়! ॥৮॥
( যুগ্মকম্ )

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! নোংম নোংমগী ঐগী লংলবা মিংচৎনা মকৃশিল্লকলি। ঐগী লাম্মী অয়াম্বা হাৎখ্রে। অদুনা সঞ্জয়! হৌজিক মতমগী খোঙচৎ অম কম্ন হোংথ্রমাল্লে হায়না ঐনা খল্লি ॥১॥ অশ্বত্থামা অদুগা কর্ণগুম্বনা ঙাকলিবা লাম্মী তেঙ্গোল হায়বদুদি লাই-য়াম্যুক্না চঙবা ঙম্মোইদৌবনি। অদুবু অর্জ্জুননা লায়না নমথেকতুনা ঐগী তেঙ্গোল ময়ায়দা চঙখ্রে। অসিগী মথক্ত কল্লবা ভীমগা কৃষ্ণগা অনীনম্বু মাগী মপাঙ্গল অমুক্ শোগৎখ্রে। অদুদগী অমুকসু শিনিবংশগী মহারথী অথোইবা সাত্যকিসু অর্জ্জুনগা তিন্নখ্রে ॥২-৩॥ মৈনা মাগী লৈকম-মাগী চঙজকম্ মকৃপুসু চাকৃথেকৃপদুগুম্ন অনুতাপনা মৈ ওইদুনা ঐগী থম্মোয়বু চাকথেকলি। শম্ন হায়রবদা সঞ্জয়! অর্জ্জুননা জয়দ্রথবুত নত্তনা মাগী খোঙলোয় লাক্সী নিংথৌ কয়াবু পূময়োৎ য়োঙ্খিন্‌থ্রগনি হায়না খল্লে ॥৪॥ আঃ! ওস্থোকপনি! হায়য্ সঞ্জয়! অর্জ্জুনগী মক্ষমদা তমথিনা লাল্লুরবা জয়দ্রথনা অর্জ্জুনগী মমাঙমক্তদ তাক্লরবদা, করম্ হায়না মহাক্না হিংগনি! ॥৫॥ মথম অদুনা সঞ্জয়! জয়দ্রথসে লৈত্রে হায়না ঐনা খল্লে। অদুমকপু সঞ্জয়! মথা তমথৌ; জয়দ্রথ হাক্সিঙৈগী মমাঙগী লাল অদু লীথৌ ॥৬॥ ময়ায় কারবা শামুনা থম্বান্ন পন্ন শাৎলবা পুক্রীপু নৈথাইবদুগুম্না, মথক্তনা শাউদুনা কৌরব

## সঞ্জয় উবাচ

তথা তু বৈকর্ত্তনপীড়িতং তং ভীমং প্রয়ান্তং পুরুষপ্রবীরম্।
সমীক্ষ্য রাজন্! নরমুখ্যমধ্যে শিনিপ্রবীরোঽনুযযৌ রথেন ॥৯॥
নদন্ যথা বজ্রধরস্তপান্তে জ্বলন্ যথা জলদান্তে চ সূর্য্যঃ।
নিঘ্নন্নমিত্রান্ ধনুষা দৃঢ়েন সংকম্পয়ংস্তব পুত্রস্য সেনাম্ ॥১০॥ (যুগ্মকম্)
তং যান্তমশ্বৈ রজতপ্রকাশৈরায়োধনে বীরবরং নদন্তম্।
নাশক্নুবন্ বারয়িতুং ত্বদীয়াঃ সর্ব্বে তথা ভারত! মাধবাগ্র্যম্ ॥১১॥
অমর্ষপূর্ণস্ত্বনিবৃত্তযোধী শরাসনী কাঞ্চনবর্ম্মধারী।
অলম্বুষঃ সাত্যকিং মাধবাগ্র্যমবারয়দ্রাজবরোঽভিপত্য ॥১২॥
তয়োরভূদ্ভারত! সম্প্রহারো যথাবিধো নৈব বভূব কশ্চিৎ।
প্রৈক্ষন্ত এবাহবশোভিনৌ তৌ যোধাস্ত্বদীয়াশ্চ পরে চ সর্ব্বে ॥১৩॥
অবিধ্যদেনং দশভিঃ পৃষৎকৈরলম্বুষো রাজবরঃ প্রসহ্য।
অনাগতানেব তু তান্ পৃষৎকাংশ্চিচ্ছেদ বাণৈঃ শিনিপুঙ্গবোঽপি ॥১৪॥

---

ভেক্কোল মপৈবু হন্ন হন্ন নৈথাইখিবা, অচুপা মহাক্না অর্জ্জুনগীদমক্তা চ্যেকশিন্না লালশোক্নখিবা, অচুওম্বা শিনি শাগৈগী অথোইবা সাত্যকিনা শোক্নখিব লালগী মতাং অচু লীথৌ। সঞ্জয়! নহাক্তি ম্মামী লীবদা ওন্থোক্ন হৈশিংখ্রে ॥৭-৮॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! নিপা অথোইবা কন্নবা ভীমসেননা কর্ণগী খুৎলায়দগী শাথিনা চৈনা ফংহুনা অকন্ব মরক্ত চঙশিন্খিবসি উবদা শিনি শাগৈগী অথোইবা সাত্যকি অসি রথ মথক্ত তোংথত্নুনা মতুং ইন্ন-ইন্ন চৎখি। কালেম্বানা লোইরক্রবদা নোংজু পাম্বানা লাক্রবদা পাইরকপা ফূইনা হৌবা নোংগী মতৌগুম্ন ওংহুনা লাউহুনা, নোংনা হাইদোকপ্রবদা নুমিৎকী তেজনা কন্ন হাইদোরকপগুম্বা সাত্যকিনা য়েক্নবশিংবু হাৎন-হাৎনা কৌরব লাম্মীশিংগী থম্মোয়দ অকিব মিপাইবা পোকহন্দুনা লালকম্দা চঙখি ॥৯-১০॥ মহারাজ! শিনিবংশগী অথোইবা, মরিল্ নৈরবা সাত্যকিনা ওংহুনা, লুপাগী মতৌগুম্না ভোরবা শগোন্না চিংলবা রথ মথক্ অচুদা তোংহুনা কৌরব লাম্মী পূম্নমকপু নৈথাইরকপ মতমসিদা কৌরব পক্ষগী কনানমু মহাকপু থিংবা ঙমখিদ্রে ॥১১॥ মতম্ অসিদা শাউবনা মৈ হৌরবা, মমীত্ত ঈ কাম্নবা, লান্দা নীঙহন্ননা চেন্গন্দবা, সনা হৎলবা লালফুরিৎ লীৎপা, নিংথৌ অথোইবা অলম্বুষনা লাম্মী মপৈ অমগী মাঙ্ থাহুনা মধু শাগৈগী অথোইবা সাত্যকিবু থিংথি ॥১২॥ মমাঙ্জা অমুক্ত শোক্নখিদ্রিবা তুজুংবা পোক্নবা লালবু অনীসিনা শোক্নখি। কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমক্কী লাম্মীশিংনা চপ্-চপ্ লেপতুনা মথোয় অনীগী লালবু য়েংহুনা লৈখি ॥১৩॥ অলম্বুষনা ভেক্ক তরা সাত্যকিদা থাগদবগী কাপ্থোরকপা মতমদা সাত্যকিনা তেলশিং অচুনা

পুনঃ স বাণৈস্ত্রিভিরগ্নিকল্পৈরাকর্ণপূর্ণৈর্নিশিতৈঃ সুপুঙ্খৈঃ।
বিব্যাধ দেহাবরণং বিদার্য্য তে সাত্যকেরাবিবিশুঃ শরীরম্ ॥১৫॥
তৈঃ কায়মস্যাগ্ন্যনিলপ্রভাবৈর্বিদার্য বাণৈর্নিশিতৈর্জ্বলদ্ভিঃ।
আজঘ্নিবাংস্তান্ রজতপ্রকাশানশ্বাংশ্চতুর্ভিশ্চতুরঃ প্রসহ্য ॥১৬॥
তথা তু তেনাভিহতস্তরস্বী নপ্তা শিনেশ্চক্রধরপ্রভাবঃ।
অলম্বুষস্যোত্তমবেগবদ্ভিরশ্বাংশ্চতুর্ভির্নিজঘান বাণৈঃ ॥১৭॥
অথাস্য সূতস্য শিরো নিকৃত্য ভল্লেন কালানলসন্নিভেন।
সকুণ্ডলং পূর্ণশশিপ্রকাশং ভ্রাজিষ্ণু বক্ত্রং নিচকর্ত্ত দেহাৎ ॥১৮॥
নিহত্য তং পার্থিবপুত্রপৌত্রং সংখ্যে যদূনামৃষভঃ প্রমাথী।
ততোঽন্বয়াদর্জ্জুনমেব বীরঃ সৈন্যানি রাজংস্তব সন্নিবার্য্য ॥১৯॥
অন্বাগতং বৃষ্ণিবরং সমীক্ষ্য তথারিমধ্যে পরিবর্ত্তমানম্।
ঘ্নন্তং কুরূণামিষুভির্ব্বলানি পুনঃ পুনর্ব্বায়ুরিবাভ্রপূগান্ ॥২০॥
ততোঽবহন্ সৈন্ধবাঃ সাধু দান্তা গোক্ষীরকুন্দেন্দুহিমপ্রকাশাঃ।
সুবর্ণজালাবততাঃ সদশ্বা যতো যতঃ কামরতে নৃসিংহঃ ॥২১॥ ( যুগ্মকম্ )

---

মীনাদগী হেক পাইখোরকপা মতমচুমক্তা তেল অমনা কক্থৎখি ॥১৪॥ অচুদগী অলম্বুষনা মীয়ীবু নাকোং মরু কংনা চিংলগা সনানা তেন্ন পানবা খোরবা তেল অহুম্ শৎতুনা সাত্যকিদা থাখি। তেলশিং অচুনা সাত্যকিগী লাল ফুরিৎ থদৎলম্‌চুনা হকচাং মনুংদ চঙখি ॥১৫॥ অলম্বুষনা তেলশিং অচুনা সাত্যকিগী হক্‌চাংবু খিন্‌গাইরগা, মৈগী মতোঙুমা চাক্লব-লংলব লুংশিংকী মতো-ঙুমা শাফু কল্লবা, খোরবা তেল মরিনা সাত্যকিগী ঙৌরবা শগোল্ মরি অচুদা কম্ন থাখি ॥১৬॥ অলম্বুষনা মতো অসুম্না চৈনা পীরক্লবদ সাত্যকিনা মাচুদা খোইদোক্লা খোশাক্লদনা, কৃষ্ণমক্তা মাম্ননা কল্লবা নিপা অসিনা, শাফু কল্লবা তেল মরিনা অলম্বুষগী শগোল মরি অচু হাৎখি ॥১৭॥ অচুগী তুংদা সাত্যকিনা অলম্বুষগী সারথি মঙক্ অচু কল্লগা, প্রলয়গী মৈগী মতোঙুমা খোরবা তামচীন্‌শাবা তেল অমনা, অলম্বুষগী কুণ্ডল নাইব্রা নৈতেংলবা, মপুং ফারব থাঙুম্ কজব, লংলবা মায়খোং পুরবা কোক্ অচু কক্‌থত্নুনা মথাদগী তোঙাল্ তাহনখি ॥১৮॥ মহারাজ! অচুগী তুংদা যচুশাগেগী অখোইবা, য়েক্লব নৈকৎপ ওম্ন, মহাবীর সাত্যকিনা নিংথৌগী মচা অমদি নিংথৌমক্তী মশূ অলম্বুষবু হাত্তোক্লরগা অচুগা অখিংবা লান্মী মথৈবু তানথাইরম্লগা অর্জ্জুনগী নাক্ তান্ন চঙশিনখি ॥১৯॥ বৃষ্ণি বংশগী অখোইবা, সাত্যকিনা খুদোং থীরব মফম্ অমদগী লাম্হোক্লুনা লান্মী মরক্ত চঙ্‌শিল্লকপা, অহগা শাফু কল্লবা লুংশিংনা নোং ময়াম্‌মু হমদোক্‌পহঙুমা, কৌরবলান্মীশিংবু মাঙহল্লকপা।—অসি পুম্নমক্সি উবদা মথবাই লুংঙাইরবা,

অথাররাজে নরিজাভিনেতুষতে চ যোধাশ্চরিতাঙ্গনীরাঃ ।
কৃপা যুদ্ধং ভারত ! যোধমুখ্যাঃ দুঃশাসনং বৎসুভমাজমীঢ় । ।২২।
তে সর্ব্বতঃ সম্পরিবার্য্য সংখ্যে শৈনেয়মাজঘ্নুরনীকসাহাঃ ।
স চাপি তান্ প্রবরঃ সাত্বতানাং ন্যবারয়দ্বাণজালেন বীরঃ ।২৩।
নিবার্য্য তাংস্তূর্ণমমিত্রঘাতী নপ্তা শিনেঃ পত্রিভিরগ্নিকল্পৈঃ ।
দুঃশাসনস্যাভিজঘান বাহাবুভয়া বাণাসনমাজমীঢ় । ।
ততোঽর্জ্জুনো হর্ষমবাপ সংখ্যে কৃষ্ণশ্চ দৃষ্ট্বা পুরুষপ্রবীরম্ ।২৪।
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে অলম্বুষরাজবধে একবিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।০। *

---

মপুক্কী খৌগংখ্রবা, সিন্ধুদেশদা পোকপা, মহৈ হৈরবা, কুণ্ডুম্ অহুগা থা অমাদি উনগুম্ ভৌরবা শগোল মরি অহুনা, সাত্যকিনা চৎকে-চৎকে নীঙঙকপা মকম্ অতদা মহাক্পু পুহুনা চৎখি ॥২০-২১॥ আজমীঢ়বংশদ পোক্পিরবা ভরতনন্দন মহারাজ ! অহুদগীদি মহারাজগী নচা ঈবুংঙোশিংনা অহুগা কৌরব পক্কগী অকনবশিংনা, অমত ওইনা তিন্নখিহুনা, লাম্মী অথোইবা দুঃশাসননা মাঙ্-থাহুনা সাত্যকি ভম চঙশিন্নকৃই ॥২২॥ ময়কবু খিংব হৈবা, কৌরবকী অকনবা লাম্মীশিং অহুনা, সাত্যকিবু মায়পৈ মরিমক্ত কোয়শিন্দুনা কাপপ হৌরক্লে ॥২৩॥ আজমীঢ়নন্দন মহারাজ ! ময়কব ভব সাত্যকিনা মখোয় পুম্নমক্ অহুবু খিংহুনা থরগা, মীকং অহু খুন্নমচেৎনা পাম্বথৎহুনা, মৈগী মতোঙয়া তেজ লৈরবা তেলগী মপৈ অমনা দুঃশাসনগী শগোলশিং অহুবু হাতোক্লখি । অহুদগীদি কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্না সাত্যকিগা উনবদা থোইদোক্না নুংঙাইখি ॥২৪॥

মকম্ অসিদ শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা "অলম্বুষবধ" গী চামকুম্নাথোইঙবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বাবিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চামকুননিথোইগুবা অধ্যায়

(লাল্লক সাত্যকিগী অর্জ্জুনগ উনবা মতাং)

সঞ্জয় উবাচ।

তমুগ্রন্তং মহাবাহুং দুঃশাসনরথং প্রতি। ত্বরিতং ত্বরণীয়েষু ধনঞ্জয়জয়ৈষিণম্ ॥১॥
ত্রিগর্ত্তানাং মহেষ্বাসাঃ সুবর্ণবিকৃতধ্বজাঃ। সেনাসমুদ্রমাবিষ্টমনন্তং পর্য্যবারয়ন্ ।২। (যুগ্মকম্)
অথৈনং রথবংশেন সর্ব্বতঃ সন্নিবার্য্য তে। অবাকিরন্ শরব্রাতৈঃ ক্রুদ্ধাঃ পরমধন্বিনঃ ॥৩॥
অজয়দ্রাজপুত্রাংস্তান্ যতমানান্ মহারণে। একঃ পঞ্চাশতং শত্রূন্ সাত্যকিঃ সত্যবিক্রমঃ ॥৪॥
সম্প্রাপ্য ভারতীমধ্যং তলঘোষসমাকুলম্। অসিশক্তিগদাপূর্ণমপ্লবং সলিলং যথা ।৫। (যুগ্মকম্)
তত্রাদ্ভুতমপশ্যাম শৈনেয়চরিতং রণে। প্রতীচ্যাং দিশি তং দৃষ্ট্বা প্রাচ্যাং পশ্যাম লাঘবাৎ ॥৬॥
উদীচীং দক্ষিণাং প্রাচীং প্রতীচীং বিদিশস্তথা। নৃত্যন্নিবাচরচ্ছূরো যথা রথশতং তথা ॥৭॥
তদ্দৃষ্ট্বা চরিতং তস্য সিংহবিক্রান্তগামিনঃ। ত্রিগর্ত্তাঃ সংন্যবর্ত্তন্ত সন্তপ্তাঃ স্বজনং প্রতি ।৮।
তমন্যে শূরসেনানাং শূরাঃ সংখ্যে ন্যবারয়ন্। নিয়চ্ছন্তঃ শরব্রাতৈর্মত্তং দ্বিপমিবাঙ্কুশৈঃ ॥৯॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—অর্জ্জুননা জয় ওইবত থল্লবা সাত্যকিনা দুঃশাসনগী রথরোম্দা থৌজিন্দুনা তৌগদবা থবক্পুম্ব পাণ্ডথোক্লদবগী কৌরবলাম্মী মরক্ত চণ্ডপ্রবদা সনাসা তঙ্গুপ্ থরেং হৌন্দবা ক্রিয়াম মথোয়গী ওইরবা; ত্রিগর্ত্তদেশগী অকনবশিংনা মহাকপু কোয়শিনখি ॥১-২॥ অদুদগী শাউরবা লাম্মী অকন্বশিংসিনা সত্যকিগী অকোয়বদা লেপ্তুনা অদুৎ অথম্-লৈতনা খুৎলায় মথল্ মথল্ কাপ্শিল্ লংশিল্লকলে ॥৩॥ অদুদগীদি থাঙ্গৈশেংনা অকন্বা থৌনাকবা কায়বদু ওইরবা সাত্যকিনা হি-পোংনচিংবা করিমত লৈত্রবা সমুদ্রগী মতৌগুম্বা থাঙ-তা-শরাতনা থল্লবা খুৎলায় থানকাপ্পবগী মথোন্ন পূম্নিন্ নিল্লবা কৌরবলাম্মী মরক্ত চণ্ড্শিন্থিল্লনা মথক্তনা লাল্লাও অদুদা চেক্শিন্ন শোক্লরিবা কল্লবা নিংথৌমচা য়াথৈবু জয় তৌখি ॥৪-৫॥ মতম্ অসিদা মী পূম্নমক্না সাত্যকিগী অঙকপকংলবা মপাঙ্গল্মথৌনাবু উনখি। মরম্দি নোংচুপ্লোমদা লাফেং-নরম মহাক মীকুপ্ত নোংপোক্লোম্দ লৈহনা শোক্লরম্বদু ময়াম্না উনখি ॥৬॥ মতো অস্মা সাত্যকি মথন্তনা রথী চামগী মতৌগুম্ব উহন্দুনা খুৎলৈ থুনা থারাং নোংপোক্নোংচুপ্ কোয়ৌ য়ৌনা শোক্লখি ॥৭॥ নোংশাগী মতৌগুম্ব সাত্যকিনা শোক্লরক্পা লাল্শোক্ল অসি উবদা অদুগা মথোয়গী থোংলোয় অয়াম্বা হাংখিবদু উবদা ত্রিগর্ত্তগী অকন্বশিং অসি লাল্কম্দগী হন্দোরখি ॥৮॥ মতম্ অসিদা শূরসেনদেশগী অকনবশিংনা শামুকাতীনা ডাওরবা শামুবু লাকপত্রগুম্বা,

তৈর্ব্যাকুলীকৃতাত্মা মুহূর্ত্তমিব সাত্যকিঃ । ততঃ কলিঙ্গৈর্যুধি সোঽচিন্ত্যবলবিক্রমঃ ॥১০॥
তাংশ্চ সেনামতিক্রম্য কলিঙ্গানাং দুরত্যয়াম্ । অথ পার্থং মহাবাহুর্ধনঞ্জয়মুপাসদৎ ॥১১॥
তরন্নিব জলে শ্রান্তো যথা স্থলমুপেয়িবান্ । তং দৃষ্ট্বা পুরুষব্যাঘ্রং যুযুধানঃ সমাশ্বসৎ ॥১২॥
তমায়ান্তমভিপ্রেক্ষ্য কেশবঃ পার্থমব্রবীৎ । অসাবায়াতি শৈনেয়স্তব পার্থ ! পদানুগঃ ॥১৩॥
এষ শিষ্যঃ সখা চৈব তব সত্যপরাক্রমঃ । সর্ব্বান্ যোধাংস্তৃণীকৃত্য বিজিগ্যে পুরুষর্ষভঃ ॥১৪॥
এষ কৌরবযোধানাং কৃত্বা ঘোরমুপদ্রবম্ । তব প্রাণৈঃ প্রিয়তমঃ কিরীটিন্নেতি সাত্যকিঃ ॥১৫॥
এষ দ্রোণং তথা ভোজং কৃতবর্ম্মাণমেব চ । কদর্থীকৃত্য বিশিখৈঃ ফাল্গুনাভ্যেতি সাত্যকিঃ ॥১৬॥
ধর্ম্মরাজপ্রিয়ান্বেষী হত্বা যোধান্ বরান্ বরান্ । শূরশ্চৈব কৃতাস্ত্রশ্চ ফাল্গুনাভ্যেতি সাত্যকিঃ ॥১৭॥
কৃত্বা সুদুষ্করং কর্ম্ম সৈন্যমধ্যে মহাবলঃ । তব দর্শনমন্বিচ্ছন্ পাণ্ডবাভ্যেতি সাত্যকিঃ ॥১৮॥

মাগী মাগী মকম্‌দা লেঙদনা লৈনরুনা তেল মপৈমপৈনা সাত্যকিদা থাব হৌরকলে, অদুগা মহাকপু কম্ম থিংদুনা থমখি ॥৯॥ অদুগী তুংদা কয়া য়াম্ম কনবগে হায়বদু হায়নীঙঙাই লৈজনা কনবা সাত্যকিনা মীকূপ অমতং মখোয়গা থেংনরবাতুংদা কলিঙ্গদেশগী অকনব লান্মীশিংগা থেংনখি ॥১০॥ অদুদগীদি থোইদোক্ল কল্লবা সাত্যকি অসি কলিঙ্গগীলান্মীশিং অদুবুসু ওম্‌দনা অর্জ্জুনগী নাক্ত চপ্‌ চানা য়ৌখ্রে ॥১১॥ ঈথৌ লাংলবা লংকৈচৎপা মীনা ঈশিং কংলগা পেঙ্গবা নুংঙাইজবা পোথাবদুগুম্না সাত্যকি অসি অর্জ্জুনগা উনবদা থোইদোক্ল নুংঙাইখি ॥১২॥ সাত্যকিন লাকৃপদু উবদা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুম্ন হায়খি "য়েংঙ্‌ ! অর্জ্জুন ! নংগী নুংশিজরবা থোঙজোম্ন সাত্যকি হায়বদো আদা লাকৃলে ।" ॥১৩॥ থাঙ্গৈপেংনা মপাঙ্গল্ মথৌনা লৈরবা নিপা অথোইবসে নহাক্কীদি শিষ্যনি মরূপ্‌ সুনি । নিপা অসিনা কল্লবা য়েক্লবকয়াবু নাপীগুম্ জয় তৌরক্লবনি ॥১৪॥ অর্জ্জুন ! নংগী থরাইগা মান্নবা নুংশিরবা শিষ্য অমদি মরূপ্‌ সাত্যকিসে কৌরবলান্মী মপৈ নম্‌থেক্ত্‌না জয় তৌরম্‌দুন নংগী থোঙ্গুল্ লীরকৃলি ॥১৫॥

অর্জ্জুন ! য়েংঙ্‌ ! সাত্যকি অসে,
কল্লব দ্রোণ ভোজবংশগী কৃতবর্ম্মাবু ওম্‌দুনা
নংগী থোঙ্গুল্ লীরকৃলি । ॥১৬॥
থুংলায়পূম্ব ওম্‌দুনা হৈত্রবা, কল্লবা সাত্যকি কৌবসে
কৌরবকী অকন্‌বখিবিকৃপু, লায়ন জয় তৌরম্‌দুনা
নংগী থোঙ্গুল্ লীরকৃলি । ॥১৭॥
অর্জ্জুন নংবু উনন্নীঙবনা য়েক্লবলান্মীমরক্তা
তৌওম্‌দবা থবক্ তৌরম্‌দুনা
নংগী থোঙ্গুল লীরকলি ॥১৮॥

যন্তুমেকরথেনাজৌ যোধয়িত্বা মহারথান্। আচার্য্যপ্রমুখান্ পার্থ! প্রয়াত্যেষ স সাত্যকিঃ ॥১৯॥
স্ববাহুবলমাশ্রিত্য বিদার্য্য চ বরূথিনীম্। প্রেষিতো ধর্ম্মরাজেন পার্শ্বেবোহভ্যেতি সাত্যকিঃ ॥২০॥
যস্য নাস্তি সমো যোধো কৌরবেষু কথঞ্চন। সোঽয়মায়াতি কৌন্তেয়! সাত্যকির্যুদ্ধদুর্ম্মদঃ ॥২১॥
কুরুসৈন্যাদ্বিমুক্তো বৈ সিংহো মধ্যাদ্গবামিব। নিহত্য বহুলাঃ সেনাঃ পার্শ্বেবোহভ্যেতি সাত্যকিঃ ॥২২॥
এষ রাজসহস্রাণাং বক্ত্রৈঃ পঙ্কজসন্নিভৈঃ। আস্তীর্য্য বসুধাং পার্থ! ক্ষিপ্রমায়াতি সাত্যকিঃ ॥২৩॥
এষ দুর্য্যোধনং জিত্বা ভ্রাতৃভিঃ সহিতং রণে। নিহত্য জলসন্ধঞ্চ ক্ষিপ্রমায়াতি সাত্যকিঃ ॥২৪॥
রুধিরৌঘবতীং কৃত্বা নদীং শোণিতকর্দ্দমাম্। তৃণবন্ন্যস্য কৌরব্যান্ ক্ষিপ্রমায়াতি সাত্যকিঃ ॥২৫॥

---

পৃথানন্দন্ অকনবা!
সাত্যকিনা মথন্তু, রথ অমদা তোংদুনা
দ্রোণনচিংববু শুমদুনা, নংগী খোঙ্গুল লীরকলি ॥১৯॥
নয়াঙ্গুং নিংথৌগী য়াথং পুদুনা
য়েক্লব কোঙ্গায় তকৃথায়রমদুনা, সাত্যকি কৌব অকনবনা
নংগী খোঙ্গুল লীরকলি ॥২০॥
কৌরব ভেঙ্গোল মনুংদা মাগী লাম্বা লৈত্রবা
লান্দা লাকচুম্ কাওমদবা, কল্লবা সাত্যকি হায়বসে
নংগী খোঙ্গুল লীরকলি ॥২১॥
পৃথানন্দন! অকনবা!
শল্লকগী নোংশানা খোরকপশুম্ কৌরব ভেঙ্গোল কাওদনুনা
সাত্যকিনা খোঙ্গুল লীরকলি ॥২২॥

মায়থোং থম্বাল্ মাল্লবা, কল্লবাশিংগী মকোক্না
লালকম্-লৈমায়থকৃসিবু, পুমকুপ্, কুপ্-শিল্লমদুনা
খোঙ্গুল লীরকলি সাত্যকিনা ॥২৩॥
মনাওশিংগা লোয়ননা দুর্য্যোধনবু জয় তৌরগা
জলসন্ধগী মথ্াই লোরমলগা
সাত্যকিনা খোঙ্গুল লীরকলি ॥২৪॥
ঈনা ঈরৈ কল্লবী, হকচাং মচেৎ মচেৎনা
লৈখোম খোক্রবী তুরেলন্দা, য়েক্লবশিংবু তাউথহনুগ্রগা
সাত্যকিন অর্জ্জুন নংবু থিরকলি ॥২৫॥

ততোঽপ্রহৃষ্টঃ কৌন্তেয়ঃ কেশবং বাক্যমব্রবীৎ। ন মে প্রিয়ং মহাবাহো! যদায়াতোঽত্র সাত্যকিঃ ॥২৬॥
ন হি জানামি বৃত্তান্তং ধর্ম্মরাজস্য কেশব।। সাত্বতেন বিহীনঃ স যদি জীবতি বা ন বা ॥২৭॥
এতেন হি মহাবাহো। রক্ষিতব্যঃ স পার্থিবঃ। তমেষ কথমুৎসৃজ্য মম কৃষ্ণ। পদানুগঃ ॥২৮॥
রাজা দ্রোণায় চোৎসৃষ্টঃ সৈন্ধবশ্চানিপাতিতঃ। প্রত্যুদ্যাতি চ শৈনেয়মেষ ভূরিশ্রবা রণে।
সোঽয়ং গুরুতরো ভারঃ সৈন্ধবার্থে সমাহিতঃ ॥২৯॥
জ্ঞাতব্যশ্চ হি মে রাজা রক্ষিতব্যশ্চ সাত্যকিঃ। জয়দ্রথশ্চ হন্তব্যো লম্বতে চ দিবাকরঃ ॥৩০॥
শ্রান্তশ্চৈষ মহাবাহুরল্পপ্রাণশ্চ সাম্প্রতম্। পরিশ্রান্তা হয়াশ্চাস্য হয়যন্তা চ মাধব! ॥৩১॥
ন চ ভূরিশ্রবাঃ শ্রান্তঃ সসহায়শ্চ কেশব।। অপীদানীং ভবেদস্য ক্ষেমমস্মিন্ সমাগমে ॥৩২॥
কচ্চিন্ন সাগরং তীর্ত্বা সাত্যকিঃ সত্যবিক্রমঃ। গোষ্পদং প্রাপ্য সীদেত মহৌজাঃ শিনিপুঙ্গবঃ ॥৩৩॥
অপি কৌরবমুখ্যেন কৃতাস্ত্রেণ মহাত্মনা। সমেত্য ভূরিশ্রবসা স্বস্তিমান্ সাত্যকির্ভবেৎ ॥৩৪॥
ব্যতিক্রমমিমং মন্যে ধর্ম্মরাজস্য কেশব।। আচার্য্যাদ্ভয়মুৎসৃজ্য যঃ প্রৈষয়ত সাত্যকিম্ ॥৩৫॥

---

য়াসি তাবদা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়রকই:—কৃষ্ণ। সাত্যকি অসিনা ঐগী ঈনাক্ত লাক্লিবসে ঐ কম্না নুংঙাইতে ॥২৬॥ মরমদি কৃষ্ণ। য়াম্মুং মহারাজ ধর্ম্মরাজগী মন্না মপাউ তাবা কংখিদ্রে। সাত্যকিদা য়াম্মুংবু শিন্নরম্বনি। সাত্যকি য়াওদ্রবা য়াম্মুংনা হৌজিককাওবা হিংহনা লৈরমথিনি হায়রবসে ঐ থাজবা ওমদে ॥২৭॥ কৃষ্ণ। সাত্যকিদি য়াম্মুংবু থাদোক্তনা, ঙাকশেন্দুনা লৈগদবনি। করিগীদমক মহাক্কা ঐবু থিরকলিবনো? ॥২৮॥ য়াম্মুংবু দ্রোণগী মথুত্তা লাম্হোকখিবা। জয়দ্রথবুসু হাৎহৌদবা। অদুগা ভূরিশ্রবানসু ভুংলোমদা সাত্যকিবু তাম্নরক্লিবা। ঈস্! জয়দ্রথ অমগীদমক্তা অসুক য়াম্না খুদোং থীবসি থোকখ্রবা। ॥২৯॥ ধর্ম্মরাজগী পাউসু খঙদোকপা তারি, সাত্যকিবুসু ভূরিশ্রবাগী মথুত্তগী কন্বা তারি, জয়দ্রথবুসু হাৎপতারি—অদুগা নুমিৎসু তাগদবা খিত্ত মঙায়রে ॥৩০॥ কৃষ্ণ। সাত্যকি আসে হৌজিক্তি য়াম্না চোক্থনসু উরে। অদুগা তেলসু মঙোন্দা খজিক্ত মঙায়শিল্লক্লে। মাগী শগোলশিং অসিসু য়াম্না চোকথনা উরে। সারথিসু মশা হীকথরে ॥৩১॥ অদুগা সাত্যকিবু তাম্নরকলিবা ভূরিশ্রবা অসিদি মশাসি ঈত্তেক তেকলি। অদুগা মাগীদি থোঙলোয় লাম্মীশিংসু য়াম্না ইন্নরকলি। অদুনা হায়ু কৃষ্ণ, সাত্যকিগী করিগুম্বা কত্তহৌদিদি থোকলয়োঈকো? থাজেশেংনা মপাঙল মথৌনা মরিল লৈরবা, শিনিবংশগী থাউমৈ ওইরবা সাত্যকি অসিনা তেঙ্গোল ঈপাক অমবুদি লাম্হোক্লগা করিসু লৈতবা শলখোঙ্গুন্দা ইরাক্লরগদ্র? ॥৩৩॥ কুরুবংশগী অখোইবা, খুৎলায় পূম্বা হৈরবা, মহাত্মাসু ওইরবা ভূরিশ্রবা অসিগা থেংনববু ওমখিগদ্রা? ॥৩৪॥ কৃষ্ণ! হন্দক তৌরিবসে য়াম্মুং মহারাজগী করিগুম্বা বুদ্ধি চোইখিবদগী ওন্ন তৈননা থোকপ্রবন্না হায়না নীঙিঙ! করিগীদমক্ত দ্রোণবু কিদহনা য়াম্মুং মহারাজনা সাত্যকিসিবু থাদোকলিবনো: ॥৩৫॥ খুনুপ্রঙনা।

রণং ধর্ম্মরাজস্য যথাঃ শ্যেন ইবামিষম্। নিত্যমাশংসতে দ্রোণঃ কচ্চিৎ ... কুশলী নৃপঃ ॥৩৬।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

জয়দ্রথবধে সাত্যক্যর্জ্জুনদর্শনে দ্বাবিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

———:0:———

* হুম লাকদোবগী ... দ্রোণনা য়াম্ভুংবুকাগদবগী য়াকা য়েংঙনা লৈহৌরিবনি। অহুনা কৃষ্ণ। হৌজিক্ ... য়াম্বুংবু মঙল ওইহুনা লৈরমখিগদ্রা ? ॥৩৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা সাত্যকি অর্জ্জুন দশণগী চাম কুন্নিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

— — —

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রয়োবিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামকুনহুমদোইশুবা অধ্যায়।

( ভূরিশ্রবগী মপান্থোম ককৃখিবগী মতাং )

### সঞ্জয় উবাচ।

তমাপতন্তং সংপ্রেক্ষ্য সাত্বতং যুদ্ধদুর্ম্মদম্। ক্রোধ ভূরিশ্রবা রাজন্! সহসা সমুপাদ্রবৎ ॥১॥
তমব্রবীন্মহাবাহুঃ কৌরব্যঃ শিনিপুঙ্গবম্। অদ্য প্রাপ্তোঽসি দিষ্ট্যা মে চক্ষুর্বিষয়মিত্যুত ॥২॥
চিরাভিলষিতং কামমহং প্রাপ্স্যামি সংযুগে। নহি মে মোক্ষ্যসে জীবন্ যদি নোৎসৃজসে রণম্ ॥৩॥
অদ্য ত্বাং সমরে হত্বা নিত্যং শূরাভিমানিনম্। নন্দয়িষ্যামি দাশার্হ! কুরুরাজং সুযোধনম্ ॥৪॥
অদ্য মদ্বাণনির্দ্দগ্ধং পতিতং ধরণীতলে। দ্রক্ষ্যতস্ত্বাং রণে বীরৌ সহিতৌ কেশবার্জ্জুনৌ ॥৫॥

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! সাত্যকিনা অর্জ্জুন তম্ন চঙশিন্নকৃপা মতমসিদা অশাউবনা মৈ হৌরবা ভূরিশ্রবা অসি অর্জ্জুনগী তুংদা প্রপ্ প্রপ্ তান্নরকই ॥১॥ ভূরিশ্রবানা সাত্যকিদা "সাত্যকি! নং অসিদি ঐগী লাইবক ফবনা উনরে!" অসুম্ হায়না লাউরকই ॥২॥ নংগা থেংনগে হায়না মতম্ কুইন খল্লকপদো ঙসিদি নীঙব থুদে। নং লালকম্ থাদোক্তনা চেনগনু ঙসিদি নং হিংন-হিংনদি ঐঙোন্দগী নাম্থোকপা য়াররোই ॥৩॥ সাত্যকি! ঙসিদি কল্লি হায়না নাপল তৌরবা নংবু হাৎলগা দুর্য্যোধনবু পেলহনগে ॥৪॥ কল্লবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীগী মাঙ

অদ্য ধর্ম্মসুতো রাজা শ্রুত্বা ত্বাং নিহতং ময়া। সব্রীড়ো ভবিতা সদ্যো যেনাসীহ প্রবেশিতঃ ॥৬॥
অদ্য মে বিক্রমং পার্থো বিজ্ঞাস্যতি ধনঞ্জয়ঃ। ত্বয়ি ভূমৌ বিনিহতে শয়নে রুধিরোক্ষিতে ॥৭॥
চিরাভিলষিতো হ্যেষ ত্বয়া সহ সমাগমঃ। পুরা দেবাসুরে যুদ্ধে শক্রস্য বলিনা যথা ॥৮॥
অদ্য যুদ্ধং মহাঘোরং তব দাস্যামি সাত্বত।। ততো জ্ঞাস্যসি তত্ত্বেন মদ্বীর্য্যবলপৌরুষম্ ॥৯॥
অদ্য সংযমনীং তাত। যাতা ত্বং নিহতো রণে। যথা রামানুজেনাজৌ রাবণিলক্ষ্মণেন হ ॥১০॥
অদ্য কৃষ্ণশ্চ পার্থশ্চ ধর্ম্মরাজশ্চ মাধব।। হতে ত্বয়ি নিরুৎসাহা রণং ত্যক্ষ্যন্ত্যসংশয়ম্ ॥১১॥
অদ্য তেঽপচিতিং কৃত্বা শিতৈর্মাধব। সায়কৈঃ। তৎস্ত্রিয়ো নন্দয়িষ্যামি যে ত্বয়া নিহতা রণে ॥১২॥
চক্ষুর্বিষয়ং প্রাপ্তো ন ত্বং মাধব। মোক্ষ্যসে। সিংহস্য বিষয়ং প্রাপ্তো যথা ক্ষুদ্রমৃগস্তথা ॥১৩॥
যুযুধানস্তু তং রাজন্! প্রত্যুবাচ হসন্নিব। কৌরবেয়। ন সন্ত্রাসো বিদ্যতে মম সংযুগে ॥১৪॥
নাহং ভীষয়িতুং শক্যো বাঙ্‌মাত্রেণ তু কেবলম্। স মাং নিহন্যাৎ সংগ্রামে যো মাং কুর্য্যান্নিরায়ুধম্ ॥১৫॥
সমাস্তু শাশ্বতীর্হন্যাদ্ যো মাং হন্যাদ্ধি সংযুগে। কিং বৃথোক্তেন বহুনা কর্ম্মণা তৎ সমাচর ॥১৬॥
শারদস্যেব মেঘস্য গর্জ্জিতং নিষ্ফলং হি তে। শ্রুত্বা ত্বদ্‌গর্জ্জিতং বীর! হাস্যং হি মম জায়তে ॥১৭॥

---

মক্তদা নংনা শিবদো মখোয় অনীসিনা উহনগে ॥৫॥ কৌরব লাম্মী মরক্ত নংবু থাজিল্লকলিবা যুধিষ্ঠিরনা নং শিরে হায়বসি তাবদা নীঙবা কায়বগা লোয়ননা মরাইনা ঈকায়জরনি ॥৬॥ নংনা ঈহং নাইহং শানা লালকম্ লৈমায়থক্ত তুবক্ত উরগা অর্জ্জুনসু ঐগী পাঙ্গলবু খঙজহৌরনি ॥৭॥ মমাঙঙৈদা লাইহিংচাবগী লান্দা বলিগা অমুক্তং থেংনরবদি হায়দুনা ইন্দ্রনা খনখিবহুঙুম্না ঐসু নংগা অমুক্তং থেংনরবদি হায়দুনা মতম কুইনদগী খন্দুনা লৈরকলিবনি ॥৮॥ সাত্যকি! চেনগনু ঙসিদি ঐ নংগা থেংনবা তারি। মতম্ অদুদা নংসু ঐসি কয়!মুক্ কনব-হৈবগে হায়বক্ত নমীৎ থীৎনা উজব কংগনি ॥৯॥ অঙাংমচা! মমাঙৈদা রামগী মনাও লক্ষ্মণগী মথুক্ত রাবণগী মচা ইন্দ্রজিৎ মথ্বাই থাহনা যমপুর য়ৌখিবহুঙুম্না নংসু ঙসি ঐগী খুত্ত নথ্বাই থাদুনা যমপুর য়ৌরগদবনি ॥১০॥ সাত্যকি! নংনা হেক্ শিথিবদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন যুধিষ্ঠির অহুম অসে নীঙবা কায়দুনা লালকম থাদোক্তুনা মরাইনা চচ্চখ্রগদবনি ॥১১॥ মধুশাগৈদা পোক্পা সাত্যকি! নংবু ঐনা থৌরবা খুৎলায়না নথ্বাই থৌরগা, নংনা হাৎখিব লাম্নীশিং অহুগী লুখ্রাবী লুপীশিং অদ্রবু নুংঙাইহন্‌গে কল্লক-পেলহনগে ॥১২॥ "সাত্যকি! নোংশাগী মমাঙদা তারবা শজীমচানা লাম্নোক্তনা চেন্‌বা ঙমদবহুঙুম্না নংসু ঙসিদি ঐগী খুত্তগী নাম্নোক্পা থক্ য়াররোই" ॥১৩॥ ভূরিশ্রবানা হায়রক্ লাউরক্পসি তাবদা সাত্যকিনা হায়রক্কই "ভূরিশ্রবা!

অহুম্ হায়রগা সাত্যকিনা নংবু কিগদবা নত্তে। লান্দা সাত্যকিগী কিবা হনবা লৈরোই" ॥১৪॥ রাহৈনা রাঙাংনা, চিনকোং ফবনা ঐবু কিহনবা থক য়ারোই। লান্দা সাত্যকি ঐবু খুৎলায় য়াঙহন্নবঃ ঙম্নবা মহাক অহুতনা ঐবু হাৎপা ঙমগনি ॥১৫॥ অহুগা ঐবু হাৎপা ঙম্নবা মী অহুতনসু মাগী য়েরুবা লোইনা হাচ্চবা ঙমগনি। ফরে, কায়দে অয়েম্বদা য়ায়া ঙাঙনরে।

চিরকালেপ্সিতং লোকে যুদ্ধমত্থাস্তু কৌরব।। ত্বরতে মে মতিস্তাত! তব যুদ্ধাভিকাঙ্ক্ষিণী।
নাহত্বাহং নিবর্ত্তিষ্যে ত্বামস্তু পুরুষাধম।।১৮।

অন্যোন্যং তৌ তথা বাগ্‌ভিস্তক্ষন্তৌ নরপুঙ্গবৌ। জিঘাংসূ পরমক্রুদ্ধাবভিজগ্মতুরাহবে।।১৯।

সমেতৌ তৌ মহেষ্বাসৌ শুষ্মিণৌ স্পর্দ্ধিনৌ রণে। দ্বিরদাবিব সংক্রুদ্ধৌ বাসিতার্থে মদোৎকটৌ।।২০।

ভূরিশ্রবাঃ সাত্যকিশ্চ ববর্ষতুররিন্দমৌ। শরবর্ষাণি ঘোরাণি মেঘাবিব পরস্পরম্।।২১।

সৌমদত্তিস্তু শৈনেয়ং প্রচ্ছাদ্যেষুভিরাশুগৈঃ। জিঘাংসুর্ভরতশ্রেষ্ঠ। বিব্যাধ নিশিতৈঃ শরৈঃ।।২২।

দশভিঃ সাত্যকিং বিদ্ধা সৌমদত্তিরথাপরান্। মুমোচ নিশিতান্ বাণান্ জিঘাংসুঃ শিনিপুঙ্গবম্।।২৩।

তানস্য বিশিখাংস্তীক্ষ্ণানন্তরীক্ষে বিশাংপতে!। অপ্রাপ্তানস্ত্রমায়াভিরগ্রসৎ সাত্যকিঃ প্রভো।।২৪।

তৌ পৃথগস্ত্রবর্ষাভ্যামবর্ষেতাং পরস্পরম্। উত্তমাভিজনৌ বীরৌ কুরুবৃষ্ণিযশস্করৌ।।২৫।

তৌ নখৈরিব শার্দ্দূলৌ দন্তৈরিব মহাদ্বিপৌ। রথশক্তিভিরন্যোন্যং বিশিখৈশ্চাপ্যকৃন্ততাম্ ২৬।

নির্ভিন্দন্তৌ হি গাত্রাণি বিক্ষরন্তৌ চ শোণিতম্। ব্যষ্টম্ভয়েতামন্যোন্যং প্রাণদ্যূতাভিদেবিনৌ।।২৭।

---

ভাঙত্রিবা ময়াম্‌দো থবক্ত উংলু ॥১৬॥ অকন্‌বা! শরৎ ঋতুদা থোংবা কারিস্থ কান্নদবা অত্তুগুম্না নংনা লাউথোংবা ঙংবদে। কিবদি লায়রদনা য়াম্না নোক্‌চনীঙিঙ ॥১৭॥ "হায়! কৌরব শাগৈদা পোকপা! নংনা ঐগা থেংনগে হায়না খঙ্গরম্বদো, ঙসি থুংজরে। ঐস্থ নংগা থেংননীঙবনা থাঙবা ঙমশিল্লক্‌ত্রে। হৈ! তোল্লবা! পাপীগী মীচঙ! ঐস্থ ঙসি নংবু হাৎত্রিমখৈ পোত্থাকম্‌ খঙভোইদৌরি হৈ।" ॥১৮॥ মহারাজ! সাত্যকিগা ভূরিশ্রবাগা অস্নুম্না ঙহাক্তং লাউনরম্নগা মাগী মাগী অরোইবা শক্তি থাদুনা অমগমগা কাপ্ন-থিন্নবা হৌরক্‌লে ॥১৯॥ ঋতু লাক্লবী শাম্ন অমোম্‌ অমগী দমক্ত ময়ায় কারবা শাম্ন লাব অনীনা য়াথিন্নরক্‌পদ্রগুম্না সাত্যকি ভূরিশ্রবা অনীসি কম্না থেংনরক্‌লে ॥২০॥ অত্তুদগীদি মপাঙ্গল মথোনা লৈরবা সাত্যকি ভূরিশ্রবা অনী অসি মুরবা নোং মতুম্‌ অনীদগী মশীং লাক্‌ঙম্‌দবা ঈশিং মরী মরীনা শিন্থ-চুথরকপদ্রগুম্না অমন-অমগী মথক্তা অত্তৎ অথম্‌ ;লৈতনা খুৎলায় মপৈ কাপশিন্নরক্‌লে ॥২১॥ মহারাজ! ভূরিশ্রবানা সাত্যকিবু মহাৎলগে হায়না থনত্থনা থৌর থৌরবা তেল অমদি খুৎলায় মক্ত সাত্যকিদা থান্নিকই ॥২২॥ সাত্যকিবু জয় তোগে খল্লবা ভূরিশ্রবানা থৌরবা তেল তরানা সাত্যকিদা থারগা অত্তুদগী অমুকস্থ থোইদোক-হেন্দোক্লা থৌরবা তেল কয়ামরুম্‌ নোৎশিল্লক্‌ই ॥২৩॥ মহারাজ! ভূরিশ্রবানা কাপথোক্‌লক্‌লিবা তেল অমদি খুৎলায়শিং অদু সাত্যকিনা লম্যথাঙদা কক্‌কক্ত্‌না থাদখি। ॥২৪॥ অচৌবা শাগৈদা পোক্লরবা, কনবহৈব মান্নবা, কুরুবৃষ্ণি বংশ অনীগী মিংচৎ চাঙথৎনবগী মশক্‌ ওইরবা ভূরিশ্রবা সাত্যকি অনী অসি অমগমগ কম্না থানরক্‌লে ॥২৫॥ কৈজাউ অনীনা খুজীম্না, শাম্ন অনীনা ময়ানা থিন্নশোক্লরক্‌পদ্রগুম্না সাত্যকি ভূরিশ্রবা অনীসি থুংথেংনা কম্না মশোক্লরকলে ॥২৬॥ মথ্‌বাই-মথ্‌বাইনা পোম্বা ওইরবা লালগী মশক্‌ ওইরবা চৌবর অত্তুদা মশামশাবু ঈহংনাইহং শাহন্দুনা অমনা অমদা থাঙওমদবা চৈনা পীরক্‌লে ॥২৭॥

এবমুত্তমকর্ম্মাণৌ কুরুবৃষ্ণিযশস্করৌ। পরস্পরমযুধ্যেতাং বারণাবিব যূথপৌ ॥২৮॥
তাবদীর্ঘেণ কালেন ব্রহ্মলোকপুরস্কৃতৌ। যিযাসন্তৌ পরং স্থানমন্যোন্যং সংজগর্জতুঃ ॥২৯॥
সাত্যকিঃ সৌমদত্তিশ্চ শরবৃষ্ট্যা পরস্পরম্। হৃষ্টবদ্ধার্ত্তরাষ্ট্রাণাং পশ্যতামভ্যবর্ষতাম্ ॥৩০॥
সংপ্রেক্ষন্ত জনাস্তৌ তু যুধ্যমানৌ যুধাং পতী। যূথপৌ বাসিতাহেতোঃ প্রযুদ্ধাবিব কুঞ্জরৌ ॥৩১॥
অন্যোন্যস্য হয়ান্ হত্বা ধনুষী বিনিকৃত্য চ। বিরথাবসিযুদ্ধায় সমেয়াতাং মহারণে ॥৩২॥
আর্ষভে চর্ম্মণী চিত্রে প্রগৃহ্য বিপুলে শুভে। বিকোষৌ চাপ্যসী কৃত্বা সমরে তৌ বিচেরতুঃ ॥৩৩॥
চরন্তৌ বিবিধান্ মার্গান্ মণ্ডলানি চ ভাগশঃ। মুহুরাজঘ্নতুঃ ক্রুদ্ধাবন্যোন্যমরিমর্দ্দনৌ ॥৩৪॥
সখড়্গৌ চিত্রবর্ম্মাণৌ সনিষ্কাঙ্গদভূষণৌ। ভ্রান্তমুদ্ভ্রান্তমাবিদ্ধমাপ্লুতং বিপ্লুতং কৃতম্।
সম্পাতং সমুদীর্ণঞ্চ দর্শয়ন্তৌ যশস্বিনৌ ॥৩৫॥ (যুগ্মকম্)
অসিভ্যাং সম্প্রহারন্তে পরস্পরমরিন্দমৌ। উভৌ ছিদ্রৈষিণৌ বীরাবুভৌ চিত্রং ববল্গতুঃ ॥৩৬॥
দর্শয়ন্তাবুভৌ শিক্ষাং লাঘবং সৌষ্ঠবং তথা। রণে রণকৃতাং শ্রেষ্ঠাবন্যোন্যং পর্য্যকর্ষতাম্ ॥৩৭॥
মুহূর্ত্তমিব রাজেন্দ্র! সমাহত্য পরস্পরম্। পশ্যতাং সর্বসৈন্যানাং বীরাবাশ্বসতাং পুনঃ ॥৩৮॥

---

অক ব মিংচৎকী থবক্ত তৌমিন্নরবা, মাগী মাগী শাগৈগী থাউমৈ ওইরবা. মিংচৎ চাউরবা অনী অসি শামু শল্লুপ্ পুবা রাংচাউরবা শামুলমশা অনীগুম্না থেংনরকৃলে ॥২৮॥ নীওহন্নদবা লান্দা থরাই খাদুনা স্বর্গ কংগ্রুগে চায়বগী আশাদা, অনী অসি শিব কিদনা লাউনরকৃই, ভংনরকই, কাপশিন্নরকই ॥২৯॥ সাত্যকি ভূরিশ্রবা অনীসি মথরাই ঈনুং নুংঙাইনা, করিমত রাবিদনা অমগমগ শোন্নরকলি ॥৩০॥ ঋতু লান্নবী শামু অমোমগা শোন্নখোৎনবগী মুন্নরকপা, শামু অনীনা য়াথিন্নরকপন্থগুম্না ভূরিশ্রবা-সাত্যকি অনীনা থেংনরকৃপা লান্থেংনা মওং অন্থবু মীপুম্বনা চপ্ চপ্ লেপতুনা য়েংনখি ॥৩১॥ অমনা অমগী শগোল-লীরুং লোইনা হাৎ-করুখিদুনা মাগী মাগী রথদগী চোংখনহনা মখুত্তা থাঙ্ পায়নহনা য়ান্নব হৌরকলে ॥৩২॥ তঙুপ্-তরেংনা য়েকৃখোৎলবা, কজরবা পাকলবা ; চুঙ্গোয় অনীদ্র খুত্তম চেৎনা পায়ত্থনা লালকমুদা থাঙগী নিয়ম কায়দনা হাইনরকৃলে ॥৩৩॥ লংলবা শাংলবা থাঙশাং পায়রবা, তঙুপ্ তরেংবা লালফুরিৎ লীৎপা, সনরীকুচিংবা অলঙ্কার পুম্বনা লৈতেংলবা, য়েক্কবরু নৈখাইবা ওন্নরবা, মিংচৎ চাউরবা সাত্যকি ভূরিশ্রবা অনী অসি শাউবনা মমীত্তা ঈ কানহুনা, কোয়ন কোয়না চৎনরকৃপা, চোংখৎপা চোংথোকপা চোংশিনবা, লৈথোক্ হাইদোকৃপা, য়াঙ্খিন্নবা, খত্তোকবা চেন্থোকবা—হায়রিবা থাঙগী খোঙকম্ কিন্থুপ মখল নিপাল অসিগী নিয়ম কায়দনা অমগমগ য়ান্নরকৃলে ॥৩৪-৩৫॥ য়েক্কবরু জয় তৌগম্ব' অনী অসিনা অমগমগ য়ান্নরকপা, চপ্ চপ্ লেপতুনা-মীৎ চানহুনা অহোবা য়েংনরকপা, চোংথোকপ হাই-জিন্নবনচিংবা হীরম পুম্নমক্ত অমনা অমদগী রাৎন-হেন্নদনা শোন্নরকলে ॥৩৬॥ অথোইবা লান্মী অনীসিনা বিত্তাদা, নিয়ম কায়নদবদা অন্থগা খুৎলৈথুবা-মীরৎ নারক খঙবদা মাগী মাগী অয়োব খাক্ উৎনহুনা থেংনরকৃলি ॥৩৭॥ মহারাজ! অনী অসিনা য়ান্নরকৃপা থক্তোকনরকৃপা অসি পুম্বগী লান্মী ভাবুকশিং অন্থগী মাঙদা রানয়গা ঙহাক ঙহাক নুংশাশোয় মপী হোন্দুনা পোখানৈ

অসিভ্যাং চর্ম্মণী চিত্রে শতচন্দ্রে নরাধিপ ।। নিকৃত্য পুরুষব্যাঘ্রৌ বাহুযুদ্ধং প্রচক্রতুঃ ॥৩৯॥
ব্যূঢোরস্কৌ দীর্ঘভুজৌ নিযুদ্ধকুশলাবুভৌ । বাহুভিঃ সমসজ্জেতামায়সৈঃ পরিঘৈরিব ॥৪০॥
তয়ো রাজন্! ভুজাঘাতনিগ্রহপ্রগ্রহাস্তথা । শিক্ষাবলসমুদ্ভূতাঃ সর্ব্বযোধপ্রহর্ষণাঃ ॥৪১॥
তয়োর্নৃবরয়ো রাজন্ ! সমরে যুধ্যমানয়োঃ । ভীমোঽভবন্মহাশব্দো বজ্রপর্ব্বতয়োরিব ॥৪২॥
দ্বিপাবিব বিষাণাগ্রৈঃ শৃঙ্গৈরিব মহর্ষভৌ । ভুজযোক্ত্রাববন্ধৈশ্চ শিরোভ্যাঘাতবাতনৈঃ ॥৪৩॥
পাদাবকর্ষসন্দানৈস্তোমরাঙ্কুশলাসনৈঃ । পাদোদরবিবন্ধৈশ্চ ভূমাবুদ্‌ভ্রমণৈস্তথা ॥৪৪॥
গতপ্রত্যাগতাক্ষেপৈঃ পাতনোত্থানসংপ্লুতৈঃ । যুযুধাতে মহাত্মানৌ কুরুসাত্বতপুঙ্গবৌ ॥৪৫॥
( বিশেষকম্ )

দ্বাত্রিংশৎকরণানি স্যুর্যানি যুদ্ধানি ভারত ।। তান্যদর্শয়তাং তত্র যুধ্যমানৌ মহাবলৌ ॥৪৬॥
ক্ষীণায়ুধে সাত্বতে যুধ্যমানে ততোঽব্রবীদর্জ্জুনং বাসুদেবঃ ।
পশ্যস্বৈনং বিরথং যুধ্যমানং রণে বরং সর্ব্বধনুর্দ্ধরাণাম্ ॥৪৭॥
প্রবিষ্টো ভারতীং ভিত্বা তব পাণ্ডব ! পৃষ্ঠতঃ । যোধিতশ্চ মহাবীর্য্যৈঃ সর্ব্বৈর্ভারত ! ভারতৈঃ ॥৪৮॥

---

হন্দোকনৈ ॥৩৮॥ অদুদগীদি মহারাজ ! নিপা অথোইবা অনীসি মাগী মাগী থাঙনা, থাগী ময়েক চামথোক্ল হৎলবা পাকলবা কোইরপ, কোয়রবা মাগী মাগী চুঙ্গোয় অদু ককথৎনখ্রবা ভুংদা, পাম্বোম-পাম্বোম্ পায়নদুনা নম্মরকলে ॥২৯॥ কল্লবা উইরবা, মথবাক কল্লবা, মপাম্বোম চাউশাংলবা, মল্লযুদ্ধদা হৈরবা ভুরিশ্রবা-সাত্যকি অনীগী য়োচ্ছুক্‌ম্বা পাম্বোম মরি অদু অমগমগ য়েচ্ছিন্নথে তরুপ্রে ॥৪০॥ মহারাজ ! মখোয় অনীগী মহৈ, মপাঙ্গল, ফুনরকপ থানরকগী নিয়ম, অমন অমবু চিংনবা-কোয়বা—অসি পুম্নমক অসি অয়েংবশিংগী মমীত্ত সুংঙাইহল্লম্মি ॥৪১॥ মহারাজ ! লালফম্ অদুদা সাত্যকি ভুরিশ্রবা অনীগী অমগমগ থানয়কপা-কাওনয়কপা—মখোয়া বজ্রগী মখোল্‌গুম্না লালফম্ অদু পুমনিন্ নিন্‌খি ॥৪২॥ কুরু বংশ-শিনিবংশ অনীগী অথোইবা মহাত্মা ওইরবা ভূরিশ্রবা-সাত্যকি অনীনা ময়া অনী থিম্নরকপা শামু অনীগুম্, মচীপ মচীপ রাইনরকপ শঙ্গাও অনীগুম্ পাম্বোম্‌গ পাম্বোমগ য়েৎনদুনা, মকোক-মকোক থেংগাইনদুনা, য়োচ্ছুক মাল্লবা মখোঙ্‌গ মখোঙ্‌গ কাওনদুনা, য়েচ্ছিন্নদুনা অমন অমগী মক্রাওদা পায়থৎ থাংগৎনদুনা, চোংথোকপ চোংশিনবা লৈনবা চৎনবদা চপ্ চপ্ মান্নদুনা অমনা অমবু লাকচনদনা থেংন নম্মরকলে ॥৪৩-৪৫॥ ভরতনন্দন ! মহারাজ ! মল্লযুদ্ধ তৌনরকপিবা অকননা অনীসিনা মল্লযুদ্ধ ( নমনবা-মুক্না শান্নবা ) গী জাৎ মথল্ কুম্থ্‌রানিথোই গুনা উৎনদুনা থেংনরক্লি ॥৪৬॥ খুৎলায় য়াওদদুনা মল্লযুদ্ধ তৌরিবা সাত্যকিবু উরগা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়খি :—"য়েঙঙু, অর্জ্জুন ! সাত্যকি অসে খুৎলায় য়াওদ্রবদুদা মল্লযুদ্ধ তৌগনা থাঙলি"—॥৪৭॥ ভরত শাগৈদা পোক্লবা পাণ্ডুনন্দন ! কৌরব লাম্নী তেঙ্গোলবু থুগাইদুনা, নংগী থোঙ্গুল লায়কৃলিবা সাত্যকি অমিনা

পরিশ্রান্তঃ যুধাং শ্রেষ্ঠঃ সংপ্রাপ্তো ভূরিদক্ষিণঃ। যুদ্ধাকাঙ্ক্ষী সমায়ান্তং নৈতৎ সমমিবার্জ্জুন ॥৪৯॥
ততো ভূরিশ্রবাঃ ক্রুদ্ধঃ সাত্যকিং যুদ্ধদুর্ম্মদঃ। উদ্যম্যাভ্যহনদ্রাজন্! মত্তো মত্তমিব দ্বিপম্ ॥৫০॥
রথস্থয়োর্দ্বয়োর্যুদ্ধে ক্রুদ্ধয়োর্যোধমুখ্যয়োঃ। কেশবার্জ্জুনয়ো রাজন্! সমরে প্রেক্ষমাণয়োঃ ॥৫১॥
( যুগ্মকম্ )

অথ কৃষ্ণো মহাবাহুরর্জ্জুন্ প্রত্যভাষত। বহুভির্যস্তু সেনাভির্দুর্জ্জয়ঃ সমরেঽনঘ।।
পশ্য বৃষ্ণ্যন্ধকব্যাঘ্রং সৌমদত্তিবশং :গতম্ ॥৫২॥
পরিশ্রান্তং গতং ভূমৌ কৃত্বা কর্ম্ম সুদুষ্করম্। তবান্তেবাসিনং শূরং পালয়ার্জ্জুন! সাত্যকিম্ ॥৫৩॥
ন বশং যজ্ঞশীলস্য গচ্ছেদেষ বরারিহন্!। ত্বৎকৃতে পুরুষব্যাঘ্র! তদাশু ক্রিয়তাং বিভো! ॥৫৪॥
অথাব্রবীদ্ধৃষ্টমনা বাসুদেবং ধনঞ্জয়ঃ। পশ্য বৃষ্ণিপ্রবীরেণ ক্রীড়ন্তং কুরুপুঙ্গবম্।
মহাদ্বিপেনেব বনে মত্তেন হরিযূথপম্ ॥৫৫॥

সঞ্জয় উবাচ

হাহাকারো মহানাসীৎ সৈন্যানাং ভরতর্ষভ।। যদুত্থম্য মহাবাহুঃ সাত্যকিং ন্যহনদ্ভুবি ॥৫৬॥
স সিংহ ইব মাতঙ্গং বিকর্ষন্ ভূরিদক্ষিণঃ। ব্যরোচত কুরুশ্রেষ্ঠঃ সাত্বতপ্রবরং যুধি ॥৫৭॥

---

হৌজক ফাওবা অকনবা য়েক্লবগা থেংনবা তোকৃত্রি ॥৪৮॥ "অদুগা, অর্জ্জুন। সাত্যকিনা মশাগি চোকৃথদুনা পোথাকম্ থগুদনা লৈরবা তাঙ্গাসিদা মশা ঈতেক্ তেকলিবা ভূরিশ্রবানা চগুশিন্নকৃলিবনি। অদুনা মখোয় অনী লাম্বা কয়া চান্নদে হায়না থল্লি" ॥৪৯॥ মহারাজ! অদুদগীদি রথ মথক্তা তোংদুনা লৈরিবা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীগী মাঙমক্তদা লান্দা লাকৃঙম্ কাঙমদ্রবা শাস্তরবা ভূরিশ্রবানা ময়ায় কারবা শামু অমনা শামু অমদা ঈন্‌ব-শুব অদুগুম্না সাত্যকিবু থাংগৎলে হায়রগা লৈমায়থক্ত থাদদুনা শুব-থিনবা হৌরকৃলে ॥৫০-৫১॥

অদুগী তুংদা কল্লবা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়রকই :—পাপয়াওদ্রবা অর্জ্জুন। য়েঙও। লাম্মী কয়া কয়াবু ঙম্নবা, বৃষ্ণি অমদি অন্ধকশাগৈগী অথোইবা সাত্যকি আসে ভূরিশ্রবানা• ঙমখিগদৌরে ॥৫২॥ অর্জ্জুন। সাত্যকি অসে, লাম্মী কয়া থেংনরকপগী রাবনা মশা চোকথখিদুনা লৈমায়থক্ত তুমিন্ন তাদুনা লৈগ্রে। অদুনা নংগী নুংশিজরবা, কল্লবা শিষ্য সাত্যকিবু কল্লু ॥৫৩॥ য়েক্লব ঙম্বা, নিপা অথোইবা অর্জ্জুন! নংগী দমক্তা লাক্লিবা, নংগী খোঙ্গুল লীরক্লিবা অকনবসি ভূরিশ্রবাগী মখুত্ত থরাই থাদ্রিভৈদা কন্নবা থুনা য়াঙনা হোৎনৌ" ॥৫৪॥ মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা মোমোন নোক্তুনা কৃষ্ণদা হায়রকই :—"বনগী মনুংদা চাউরবা নোংশা অমনা ময়াম কারবা শামু অমগা লাক্লবা অদুগুম্না ভূরিশ্রবানা শান্নবগুম্ সাত্যকিগা থেংনরি" ॥৫৫॥ ভূরিশ্রবানা সত্যকিবু থাংগত্তুনা লৈমায়থক্ত থাদদুনা ফূরকপদু উবদা লাম্মীশিং পূম্নমক হাহাকার লাউনখি ॥৫৬॥ দান ধর্ম্মসু য়াম্ন তৌরবা ভূরিশ্রবা অসি সাত্যকিবু লৈমায়থক্ত শ্রো। শ্রো। লাক্তুনা

অথ কোষাদ্বিনিষ্কৃষ্য খড়্গং ভূরিশ্রবা রণে। মূর্দ্ধজেষু নিজগ্রাহ পদা চোরস্যতাড়য়ৎ ॥৫৮॥
ততোঽস্য ছেত্তুমারব্ধঃ শিরঃ কায়াৎ সকুণ্ডলম্। তাবৎ ক্ষণাৎ সাত্বতোঽপি শিরঃ সংভ্রময়ংস্তরন্ ॥৫৯॥
যথা রথাঙ্গং কৌলালো দণ্ডাবিদ্ধস্তু ভারত।। সহৈব ভূরিশ্রবসো বাহুনা কেশধারিণা ॥৬০॥
( যুগ্মকম্ )
তং তথা পরিকৃষ্যন্তং দৃষ্ট্বা সাত্বতমাহবে। বাসুদেবস্ততো রাজন্! ভূয়োঽর্জ্জুনমভাষত ॥৬১॥
পশ্য বৃষ্ণ্যন্ধকব্যাঘ্রং সৌমদত্তিবশং গতম্। তব শিষ্যং মহাবাহো! ধনুষ্যনবরং ত্বয়া ॥৬২॥
অসত্যবিক্রমং পার্থ! যত্র ভূরিশ্রবা রণে। বিশেষয়তি বার্ষ্ণেয়ং সাত্যকিং সত্যবিক্রমম্ ॥৬৩॥
এবমুক্তো মহাবাহুর্বাসুদেবেন পাণ্ডবঃ। মনসা পূজয়ামাস ভূরিশ্রবসমাহবে ॥৬৪॥
বিকর্ষন্ সাত্বতশ্রেষ্ঠং ক্রীড়মান ইবাহবে। সংহর্ষয়তি মাং ভূয়ঃ কুরূণাং কীর্ত্তিবর্দ্ধনঃ ॥৬৫॥
প্রবরঃ বৃষ্ণিবীরাণাং যন্নিহন্যাদ্ধি সাত্যকিম্। মহাদ্বিপমিবারণ্যে মৃগেন্দ্র ইব কর্ষতি ॥৬৬॥
এবং তং মনসা রাজন্। পার্থঃ সম্পূজ্য কৌরবম্। বাসুদেবং বহাবাহুরর্জ্জুনঃ প্রত্যভাষত ॥৬৭॥
সৈন্ধবে সক্তদৃষ্টিত্বান্নৈনং পশ্যামি মাধব।। এতত্তু, তুষ্করং কর্ম্ম যাদবার্থে করোম্যহম্ ॥৬৮॥

---

চিংবসিদা নোংশা অমনা শামু অমবু চিংহুনা পুবগুম্না থোইনবু নীওথিজে ॥৫৭॥ অতুগী তুংদা ভূরিশ্রবানা খাঙথুমদগী থাঙ ছত্তুনা, সাত্যকিগী মশমবু খুৎনামনা কন্না পায়হুনা, মথবাক্ত খোঙপাক্না কাওয়কলে ॥৫৮॥ ভরতনন্দন! অতুগী তুংদা কুণ্ডল নাইনগা লোয়নরবা সাত্যকিগী মংক তম্ববু বক্লগে হায়হুনা ভূরিশ্রবানা মাগী থাঙ অদু হেক হাইগৎলকই। মতম্ অদুদ চক্কু শাবা নিপানা মহাক্কী উপাক্কী চাকা অদুবু উক্লরুক্ন লৈরকপদুগুম্না কল্লবা সাত্যকিনসু মাগী মশম্ পায়রক্লিবা, ভূরিশ্রবাগী মখুৎ অদুগা লোয়ননা মহাক্কী মকোক অদু কোয়রৈ লৈরকই ॥৫৯—৬০॥

মহারাজ! ভূরিশ্রবানা সাত্যকিবু চিংহুনা পুন্দু উবদা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অমুক হায়রকই ॥৬১॥ য়েংওু, অর্জ্জুন! বৃষ্ণি অমদি অন্ধক্ শাগৈগী অথোইবা সাত্যকি আসে হৌজিক ভূরিশ্রবাগী মখা পোনখ্রে। মানা তৌনিংবত তৌবা য়াখ্রে ॥৬২॥ পৃথানন্দন, অর্জ্জুন! য়েক্লবশিংনা মাগী পাঙ্গলবু খাঙবা ঙমদবা, শিনিবংশগী অথোইবা নংগী মুংশিজরবা মরুপ অমদি শিষ্য সাত্যকিবু ভূরিশ্রবানা মখা তানিংঙাই লৈতনা অরাবা পীরি॥৬৩॥ কৃষ্ণনা অসুম্না হায়রকলবদা অর্জ্জুননা মপুক্লিংদা ভূরিশ্রবাবু হন্না হন্না থাগৎখি ॥৬৪॥ কুরুশাগৈগী মিংচৎ চাউহনবা, অকনবা ভূরিশ্রবানা লালকদা সাত্বতবংশগী অথোইবা সাত্যকিবু চিংচিংহুনা শান্নবগুম্ শীজিন্নরি" ॥৬৫॥ "বনগী মপুংদা নোংশানা শামু অচৌবা অমবু চিংহুনা পুবদুগুম্না ভূরিশ্রবানা সাত্যকিবু পুরিবসিনদি শোয়দনা মথ,াই লৌখিবা তারে" ॥৬৬॥ মহারাজ! পৃথানন্দন অর্জ্জুননা মতৌঅসুম্না মপুক্লীংদা ভূরিশ্রবাবু থাগৎলবা কৃষ্ণদা করি হায়রকপগে হায়ববু—"কৃষ্ণ! ঐ ওসাইমথৈ জয়দ্রথতদা য়েংহুনা লৈবদুদা সাত্যকিগী করি অবস্থা ওইরম্বগে হায়বদো খংহৌদ্রে উরুদ্রে। করে, হৌজিক্লি সাত্যকিবু

ইত্যুক্ত্বা বচনং কুর্ব্বন্ বাসুদেবস্য পাণ্ডবঃ। ততঃ ক্ষুরং সুনিশিতং গাণ্ডীবে সমযোজয়ৎ ॥৬৯॥
পার্থবাহুবিসৃষ্টঃ স মহোল্কেব নভশ্চ্যুতা। সখড়্গং যজ্ঞশীলস্য সাঙ্গদং বাহুমচ্ছিনৎ ॥৭০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে ভূরিশ্রবসো বাহুচ্ছেদে ত্রয়োবিংশত্যধিক-
শততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

——০*০——

কন্নবা অরুবা থবক তৌরগে" ॥৬৭-৬৮॥ অসি হায়রগা অর্জ্জুননা থোরবা তেল অমা ছত্না গাণ্ডীবদা তেঙ্গা থোংভি ॥৬৯॥ অর্জ্জুনগী লীরুংদগী পাইথোক্রকপা তেল্ অদুনা, নোংমাদোন্থক্কা পাইবা শঙাইশেলগুম্না পাইশিল্লক্নুনা, ভূরিশ্রবাগী থাঙগা তালনচিংবা লৈতেংগা লোয়রবা য়েৎথংবা পাম্বোম্ অদু কক্থৎখি ॥৭০॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক্ লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মপুংদা "ভূরিশ্রবসোবাহুচ্ছেদ "গী চামকুনহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইয়ে ॥×॥

———

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুর্বিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চামকুম্মরিশুবা অধ্যায়

( ভূরিশ্রবা হাৎপগী মতাং )

### সঞ্জয় উবাচ।

স বাহুর্ন্যপতদ্ভূমৌ সখড়্গঃ সশুভাঙ্গদঃ। আদধজ্জীবলোকস্য দুঃখমুত্তমমুত্তমঃ ॥১॥
প্রহরিষ্যন্ হৃতো বাহুরদৃশ্যেন কিরীটিনা। বেগেন্ ন্যপতদ্ভূমৌ পঞ্চাস্য ইব পন্নগঃ ॥২॥
স মোঘং কৃতমাত্মানং দৃষ্ট্বা পার্থেন কৌরবঃ। উৎসৃজ্য সাত্যকিং ক্রোধাদ্গর্হয়ামাস পাণ্ডবম্ ॥৩॥

### ভূরিশ্রবা উবাচ।

নৃশংসং বত কৌন্তেয়! কর্ম্মেদং কৃতবানসি। অপশ্যতো বিষক্তস্য যন্মে বাহুং ন্যমচ্ছিদঃ ॥৪॥
কিং নু বক্ষ্যসি রাজানং ধর্ম্মপুত্রং যুধিষ্ঠিরম্। কিং কুর্ব্বাণো ময়া সংখ্যে হতো ভূরিশ্রবা ইতি ॥৫॥
ইদমিন্দ্রেণ তে সাক্ষাদুপদিষ্টং মহাত্মনা। অস্ত্রং রুদ্রেণ বা পার্থ! দ্রোণেনাথ কৃপেণ বা ॥৬॥
ননু নামাস্ত্রধর্ম্মজ্ঞস্ত্বং লোকেঽভ্যধিকঃ পরৈঃ। সোঽযুধ্যমানস্য কথং রণে প্রহৃতবানসি ॥৭॥

---

**সঞ্জয়না হায়ি :**—মহারাজ! ভূরিশ্রবাগী থাঙশাংগা তান্নাচিংব লৈতেংগা লোয়নয়বা চাউরবা পাম্বোম্ অদুনা অউবশিংগী থম্মোয়দা অঙকপা নুঙাইতবা পোক্‌হন্দুনা লৈমায়থক্ত তাখি ॥১॥ সাত্যকিদা থাগেয়ান্‌গে তৌরম্বা য়েৎথংবা পাম্বোম্ অদুবু খুদক্ত অর্জ্জুননা ককৃথৎপ্রে। মকোক্ (মতোক্) মঙা লোঙবা লিলগুম্না পাম্বোম্ অদু তুমিন্ন লৈমায়থক্ত তাদুনা, লৈখি ॥২॥ মাগী তৌগে খন্‌বা থবক্ অদুবু অর্জ্জুননা য়েথৎখিবদুদা থোইনা শাউরবা, মপাম্বোম্ য়াওদ্রবা ভূরিশ্রবা অসি সাত্যকিবু থাদোক্তুনা অর্জ্জুন লোম্‌দা য়েংদুনা নিন্দা তৌরকই ॥৩॥ ভূরিশ্রবানা অসুম্না হায়রকই—"অর্জ্জুন! নংনা ঙসি ওন্থোক্লা তম্‌থিরবা হিংসা অম তৌরে! ঐদি ইমাম্নবা অতোপ্প থেংনরি। ঐনা নংবুদি খক্ উদে। নারোন্দা নংনা ঐগী পাম্বোম্‌বু ককৃথৎলি।" ॥৪॥ নংনা ঙসি তৌরিবা থবক্‌সে নয়াম্ব ধর্ম্মচেল্লবা যুধিষ্ঠিরদা করম্ হায়না তম্মুগদৌরি? "অতোপ্পা অমগা শোক্নরিদ্রেদ্রা ঐনা ভূরিশ্রবাগী মপাম্বোম্ ককৃথৎলি"—অসিনি নংনা তম্মুগদৌরিবা—নত্রা?" ॥৫॥ পৃথানন্দন! অসুম লাল্ শোক্‌নৌ হায়দুনা ইন্দ্রনা নঙোন্দা তাকৃপিয়কপ্রা? নত্রগা মহাদেবনা নত্রগা দ্রোণনা নত্রগা কৃপাচার্য্যনা তম্বীরক্‌প্রা? ॥৬॥ অর্জ্জুন! নংদি মতম্ অসিদা জগৎকী লাম্মী পুম্নমক্তগী অথোইবা ওইনা লৈরবনি। করিগীদমক্তা নংগমু লাম্বা ওইনা থেংনদ্রিব অমগী মথক্ত খুৎলায় থারি? ॥৭॥ মহৈহৈবা, পূক্‌চেল্ চাউরবা, অকন্‌বনা কিদুনা চেল্লব, লাম্বা

স ত্বস্তার ক্রীড়ায় বিক্রম প্রবাচতে । ব্যসনে বর্ত্তমানায় প্রহরতি মনস্বিনঃ ॥৮॥
ইদন্ত নীচাচরিতমসৎপুরুষসেবিতম্ । কথমাচরিতং পার্থ ! পাপকর্ম্ম সুদুষ্করম্ ॥৯॥
আর্য্যেণ সুকরং হ্যাহুরার্য্যকর্ম্ম ধনঞ্জয় ! । অনার্য্যকর্ম্ম ত্বার্য্যেণ সুদুষ্করতমং ভুবি ॥১০॥
যেষু যেষু নরঃ পার্থ ! যত্র যত্র চ বর্ত্ততে । আশু তচ্ছীলতামেতি তদিদং ত্বয়ি দৃশ্যতে ॥১১॥
কথং হি রাজবংশ্যস্ত্বং কৌরবেয়ো বিশেষতঃ । ক্ষত্রধর্ম্মাদপক্রান্তঃ সুবৃত্তশ্চরিতব্রতঃ ॥১২॥
ইদন্ত অতিক্ষুদ্রং বার্ষ্ণেয়ার্থে কৃতং ত্বয়া । বাসুদেবমতং নূনং নৈতত্ত্বয্যুপপদ্যতে ॥১৩॥
কো হি নাম প্রমত্তায় পরেণ সহ যুধ্যতে । ঈদৃশং ব্যসনং দদ্যাদ্যো ন কৃষ্ণসখো ভবেৎ ॥১৪॥
ব্রাত্যাঃ সংশ্লিষ্টকর্ম্মাণঃ প্রকৃত্যৈব চ গর্হিতাঃ । বৃষ্ণ্যন্ধকাঃ কথং পার্থ ! প্রমাণং ভবতা কৃতাঃ ॥১৫॥

সঞ্জয় উবাচ ।

এবমুক্তো মহাবাহুর্যূপকেতুর্মহাযশাঃ । যুযুধানং সমুৎসৃজ্য রণে প্রায়মুপাবিশৎ ॥১৬॥

---

নত্তবা, ঈতাউ তাউনা লৈরিবা, মথুত্ত খুৎলায় য়াওদ্রবা, রান্থরিবা-অরাবতাম্বিবা, লান্নেহায়না চঙজরবা—মথোয় অসিগী মথক্ত খুৎলায় শীজিন্নদে ॥৮॥ পৃথানন্দন ! তোল্লবা জাতিদ পোক্‌পা, অসভ্যনা তৌগদবা পাপ্‌কী থবক্‌পু ঙসি নংনা করিগী তৌরি ? ॥৯॥

ধনঞ্জয় ! অশিংবা জ্ঞানীশিংনা করি হায়নৈ, জগৎ অসিদা সজ্জন ওইব অমগী মফমদদি সজ্জন ওইবগী থবক তৌবদি লায়না থোকই । সজ্জন ওইবা অমনা অসভ্যনা তৌগদবা থবক তৌবদি মওোন্দা য়াম্না লুবা তৌওমদবা থবক অম ওইনা থোকই ॥১০॥ পৃথানন্দন ! তাইবং মী হায়বসিনা মানা মানা তৌরুবা থবক মশিল অদুগা তিন্নরুবা সঙ্গ অদুগী মতুং ইন্না য়াসী স্বভাব অমদি মথোস্ অদুম্ মওইরকই । মাদুগী প্রমাণদি নংনা ঙসি তৌরিবসিনা অসুম্ মওইরে ॥১১॥ অর্জ্জুন ! নশামক অচৌবা রাজবংশদা পোক্লগা, কুরুশাগৈদা পোক্লগা অদুগী মথক্তা অকব লমচৎ চত্নুনা বনদা মতম কুইনা তপস্যাসু তৌরুরগা, মমৈথঙদা করিগী ক্ষত্রিয়গী লমচৎ থাদোক্নুনা পাপকী থবক তৌরি ? ॥১২॥ নংনা সাত্যকি অমতগী দমক্ত তোল্লব থবক তৌরে । মাসে কৃষ্ণনা তৌবদি য়াই, অদুগা কৃষ্ণগী মত মকৃসু ওইরিনি । অদুগা অর্জ্জুন ! নহাক্না তৌবদি মতীক চাদে ॥১৩॥ কৃষ্ণগী মথা পোন্দ্রিবা, মশাগী অচুম্ববু মশানা থাজরিবা অমনা কিতম তাদনা লৈরিবা, অতোপ্প অমগা থেংনদুনা লৈরিবা মী অমনা অসুক য়াম্ন থীনা হিংসা তৌগন্না ? ॥১৪॥ "পৃথানন্দন ! অন্ধক অমদি বৃষ্ণিবংশগী মীহায়বসিমক্তবু ব্রাত্যক্ষত্রিয় ওইবনি হায়বদি শাস্ত্রগী মতুংইন্না লুপ্তন থাংদবনি লায়মিং লৌদুনা নিয়ম কায়দনা থক চত্তবনি। লৌন থোংনব য়াদবী নুপীতবু লৌবনি । মথোয়দি মরমচৎব্যবহারদা করিমত লৌখৎকম্ নৈতবনি । অদুগুম্বা বৃষ্ণিবংশদা পোকপা কৃষ্ণগী মন্না করিগী লৌরি ? ॥১৫॥ সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ ! কন্নবা মিংচৎ চাউরবা ভুরিশ্রবানা অসুম হায়দুনা সাত্যকিবু থাদোক্লগা লালকমদুমক্তদা তুমিন্ন কমচনা চরাহেন্দুনা মথৎই থাঞ্জগে হায়না থল্লে ॥১৬॥

শরানাস্তীর্য সব্যেন পাণিনা পুণ্যলক্ষণঃ। যিযাসুর্ব্রহ্মলোকায় প্রাণান্ প্রাণেষ্বথাজুহোৎ॥১৭॥
সূর্য্যে চক্ষুঃ সমাধায় প্রসন্নং সলিলে মনঃ। ধ্যায়ন্ মহোপনিষদং যোগযুক্তোঽভবন্মুনিঃ॥১৮॥
ততঃ স সর্ব্বসেনায়াং জনঃ কৃষ্ণধনঞ্জয়ৌ। গর্হয়ামাস তঞ্চাপি শশংস পুরুষর্ষভম্॥১৯॥
নিন্দ্যমানৌ তথা কৃষ্ণৌ নোচতুঃ কিঞ্চিদপ্রিয়ম্। তথা প্রশস্যমানশ্চ নাহৃষ্যদ্‌যূপকেতনঃ॥২০॥
তাংস্তথাবাদিনো রাজন্! পুত্রাংস্তব ধনঞ্জয়ঃ। অমৃষ্যমাণো মনসা তেষাং তস্য চ ভাষিতম্॥২১॥
অসংক্রুদ্ধমনা বাচঃ স্মারয়ন্নিব ভারত!। উবাচ পাণ্ডুতনয়ঃ সাক্ষেপমিব ফাল্গুনঃ॥২২॥ (যুগ্মকম্)
মম সর্ব্বেঽপি রাজানো জানন্ত্যেব মহাব্রতম্। ন শক্যো মামকো হন্তুং যো মে স্যাদ্বাণগোচরে॥২৩॥
যূপকেতো! সমীক্ষ্যৈতন্ন মামর্হসি গর্হিতুম্। নহি ধর্ম্মমবিজ্ঞায় যুক্তং গর্হয়িতুং পরম্॥২৪॥
আত্তশস্ত্রস্য হি রণে বৃষ্ণিবীরং জিঘাংসতঃ। যদহং বাহুমচ্ছৈৎসং ন স ধর্ম্মো বিগর্হিতঃ॥২৫॥
ন্যস্তশস্ত্রস্য বালস্য বিরথস্য বিবর্ম্মণঃ। অভিমন্যোর্বধং তাত! ধার্ম্মিকঃ কো নু পূজয়েৎ॥২৬॥

---

পুণ্যচেল্লবা ভূরিশ্রবানা ব্রহ্মলোক য়ৌপ্রগে হায়না শন্দুনা মখুৎ ওয়না লৈমায়থক্তা তেন্সগী কমুং অম শেমহুনা মাহুগী মথক্তা ভুমিল্ল যোগধ্যান তৌহুনা মশাগী প্রাণবায়ুবু মহাবায়ুদা তিন্সহন্‌খি ॥১৭॥ মহাক্না মুমিৎ-থা অনীমক্তা পূক্নীং কৌবা ইন্দ্রয়বু চঙশিন্সহন্‌খিহুনা "তত্ত্বমসি" হায়বা মহাউপনিষদকী মন্ত্র অসিবু জপ তৌহুনা জীবগ ব্রহ্মগ অনীবু অমত্ত ওইহন্‌খিনবা ধ্যান তৌহুনা পদ্মাসনদা মৌনব্রত তৌহুনা লৈশ্রে ॥১৮॥ মাহুউবা মীপুম্নমক্না কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীবু নিন্দা তৌখি; ভূরিশ্রবাবু হন্নঃ হন্না থাগৎখি ॥১৯॥ ময়াম্না কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীবু নিন্দা তৌবসিদা মখোয় অনীনা থোইনা শাউদে খুমদে। থাগৎলবসু ভূরিশ্রবানা থোইনা হরাউবা তৌদে ॥২০॥ ভরতনন্দন মহারাজ! নচাঈবুংঙোশিংনা মতৌঅসুম্না অর্জ্জুনবু নিন্দা তৌরক্লবদা পাণ্ডবনন্দন অর্জ্জুন অসি মাহু তাহুনা লৈবা ঙমদহুনা, অহুগা ভূরিশ্রবানা হায়খিবশিং অহুবুসু তাহুনা খাঙহনা লৈবা ঙমদহুনা, থোইনা শাউবসু তৌরুদনা মশাগী রাশকপু নীঙশিংহনগে হায়রুনা করেম্নবা ওইনা অসুম্না হায়রকৈঃ—॥২১-২২॥ অকন্‌বা লাম্মী নিংথৌ লাম্মী পুম্নমক্না খঙবিহুনা লৈরবনি— অর্জ্জুনগী রাশক্ অমা লৈ হায়বসি—মাহুদি, ঐগী তেন্সনা লাকপগী লম্বীদা লৈরক্লবা মহাক অহুবুদি ঐ নত্তনা কনা অমত্তনা হাৎপা য়ারোই ॥২৩॥ অহুনা ভূরিশ্রবা! ঐনা ঐগী রাশক্ ঙাকপদা কনা অমত্তনা ঐবু থক্ নিন্দা তৌবা য়ারোই। মরমদি ধর্ম্মগী তত্ত্ব খঙদবা মীনা অতোপ্পবু নিন্দা থক্ তৌকদে ॥২৪॥ নংনা নখুত্ত খুংগায় পায়রুনা খুৎলায় য়াওহ্নবা সাত্যকিবু হাৎকে তৌরম্মি। মতম অহুদা খুলায় পায়বা নংগী পাখোয়মসি খুৎলায় পায়বা অর্জ্জুন ঐনা ককপনি। মাসিদা কনা অমত্তনা নিন্দা তৌবা য়াদে ॥২৫॥ "ঈবুঙো! অচন্‌বা মখুত্ত খুলায় য়াওদ্রবা রথ য়াওদ্রবা, লালফুরিংকাও য়াওদ্রবা অঙাং মচা ঈচা অভিমন্যুবু" নখোয় মরাক্‌ চংহুনা হাৎখি। মাহুদা ধর্ম্মখঙবা কনানা নখোয়বু থাগৎখি—"? ॥২৬॥ অর্জ্জুননা অসুম্না

এবমুক্তঃ স পার্থেন শিরসা ভূমিমস্পৃশৎ। পাণিনা চৈব সব্যেন প্রাহিণোদস্য দক্ষিণম্ ॥২৭॥
এতৎ পার্থস্য তু বচস্তত: শ্রুত্বা মহাদ্যুতিঃ। যূপকেতুর্মহারাজ। তূষ্ণীমাসীদবাঙ্মুখঃ ॥২৮॥

অর্জ্জুন উবাচ।

যা প্রীতির্ধর্ম্মরাজে মে ভীমে চ বলিনাং বরে। নকুলে সহদেবে চ সা মে ত্বয়ি শলাগ্রজ। ॥২৯॥
ময়া ত্বং সমনুজ্ঞাতঃ কৃষ্ণেন চ মহাত্মনা। গচ্ছ পুণ্যকৃতাল্লোঁকান্ শিবিরৌশীনরো ॥৩০॥

বাসুদেব উবাচ।

যে লোকা মম বিমলাঃ সকৃদ্বিভান্তি ব্রহ্মাদ্যৈঃ সুরবৃষভৈরপীষ্যমাণাঃ।
তান্ ক্ষিপ্রং ব্রজ সততাগ্নিহোত্রযাজিন্! মত্তুল্যো ভব গরুড়োত্তমাঙ্গযানঃ ॥৩১॥

সঞ্জয় উবাচ।

উত্থিতঃ স তু শৈনেয়ো বিমুক্তঃ সৌমদত্তিনা। খড়্গমাদায় চিচ্ছিৎসুঃ শিরস্তস্য মহাত্মনঃ ॥৩২॥
নিহতং পাণ্ডুপুত্রেণ প্রসক্তং ভূরিদক্ষিণম্। ইয়েষ সাত্যকির্হন্তুং শলাগ্রজমকল্মষম্ ॥৩৩॥
নিকৃত্তভুজমাসীনং ছিন্নহস্তমিব দ্বিপম্। ক্রোশতাং সর্ব্বসৈন্যেন নিন্দ্যমানঃ সুদুর্ম্মনাঃ ॥৩৪॥

---

হায়রকপবদা ভূরিশ্রবা অসি মকোক্না লৈপাক্ শোক্ত্না মাগী য়েৎথংবা পাম্বোম্ অককপা অহুবু মখুৎ ওয়না পায়ৎলগা অর্জ্জুনলোমদা লংশিল্লকই ॥২৭॥ মহারাজ! অহুদগী ভূরিশ্রবা অসি অর্জ্জুনগী ৱা অহু তাবদা ঈকায়দুনা মরু লূক্না ভূমিম্ন লৈখি ॥২৮॥ মাহু উবদা অর্জ্জুননা ভূরিশ্রবাদা হায়রকই :— শলগী ময়াম্বা! * ঐনা ধর্ম্মরাজ য়াম্বুংবু, য়াম্বুং ভীমসেনবু, ঈনাও নকুল সহদেববু নুংশিবা অহুগুম নহাকপুস্নু নুংশিজে ॥২৯॥ অহুনা নহাক্ ঐগী অমদি কৃষ্ণগী য়াথংদগী উশীনরগী মচা শিবিনিংথৌনা য়ৌখিবা খুভম্ অদুদা নহাকসু য়ৌখ্রো ॥৩০॥ কৃষ্ণনা হায় :— "মতম অয়াম্বদা অগ্নিহোত্রনচিংবা যজ্ঞ পূম্ব তৌরিবা ভূরিশ্রবা! ঐগী মক্ত্বা, পুণ্যচেলবা লোক অহুদা ব্রহ্মানচিংবা অথোইবা লাইখিবিক্না য়ৌগদবগী হোৎনারিবনি। নহাক মকম্ অদুদা থুনা য়াংনা চৎখ্রো। নহাকসু ঐগুম্ন গরুড়গী মংক্ত তোদুনা পূময়ৌ য়ৌবদমদুনা নং দুগাইনা কৈরু" ॥৩১॥ সঞ্জয়না হায়— ভূরিশ্রবানা থাদোক্লবদা গুহাক্ত য়াম্বদুনা জ্ঞান তাদদুনা লৈয়ম্বা সাত্যকি অসি জ্ঞান হেক তারবপদা মথুত্ত থাঙ পায়খত্তুনা ভূরিশ্রবাগী মঙক্ অহু ককথৎলগে হায়না খল্লি ॥৩২॥ অর্জ্জুননা য়েৎথংবা পাম্বোম্ কক্থৎপ্রবা ভূরিশ্রবা অসি লালকম্ অদুদা ব্রহ্মযোগসাধন তৌদুনা মমীৎ উইশিন্দুনা ভূমিম্না ফমদুনা লৈপ্রবনি। মতম্ অসিদা পাপয়াওদ্রবা ভূরিশ্রবাবু সাত্যকিনা হাৎলগে হায়না খল্লে ॥৩৩॥

মতম্ অসিদা মপাম্বোম নাম য়াওদ্রবা ভূরিশ্রবা অসি মমীৎ উইশিন্দুনা করিগুম্ব অমত্ত ময়াদা তংদনা ধ্যানদা লূপ্তুনা লৈ। মতম্ অসিদা সাত্যকিনা য়াম্ন নুংশিহৈতবা অম ওইনা মাগী মঙক ককুকে হায়না থৌরাংলকপদু উবদা অকোয়বদা লাম্মী পূম্নমক্না "আঃ! হা-হাঃ, ওহোক্ল, তোল্লবা তমথিরবা থবক অম সাত্যকিনা তৌদৌরেদা!" অশুম্ হায়না লাউরক্লবদা,

---

* টীকা :— "শল" হায়বসি ভূরিশ্রবাগী মনাও অমগী মিংনি।

বার্য্যমাণঃ স কৃষ্ণেন পার্থেন চ মহাত্মনা। ভীমেন চক্ররক্ষাভ্যামশ্বত্থাম্না কৃপেণ চ ॥৩৫॥
কর্ণেন বৃষসেনেন সৈন্ধবেন তথৈব চ। বিক্রোশতাঞ্চ সৈন্যানামবধীত্তং যতব্রতম্ ॥৩৬॥
(ত্রিশেষকম্)

প্রায়োপবিষ্টায় রণে পার্থেন ছিন্নবাহবে। সাত্যকিঃ কৌরবেয়ায় খড়্গেনাপাহরচ্ছিরঃ ॥৩৭॥
নাভ্যনন্দন্ত সৈন্যানি সাত্যকিং তেন কর্ম্মণা। অর্জ্জুনেন হতং পূর্ব্বং যজ্জঘান কুরূদ্বহম্ ॥৩৮॥
সহস্রাক্ষসমং তত্র সিদ্ধচারণমানবাঃ। ভূরিশ্রবসমালোক্য যুদ্ধে প্রায়গতং হতম্ ॥৩৯॥
অপূজয়ন্ত তং দেবা বিস্মিতাস্তস্য কর্ম্মভিঃ। পক্ষবাদাংশ্চ সুবহূন্ প্রাবদংস্তব সৈনিকাঃ ॥৪০॥
(যুগ্মকম্)

ন বার্ষ্ণেয়স্যাপরাধো ভবিতব্যং হি তত্তথা। তস্মান্মন্যুর্ন বঃ কার্য্যঃ ক্রোধো দুঃখতরো নৃণাম্ ॥৪১॥
হন্তব্যশ্চৈব বীরেণ নাত্র কার্য্যা বিচারণা। বিহিতো হ্যস্য ধাত্রৈব মৃত্যুঃ সাত্যকিরাহবে ॥৪২॥

সাত্যকিরুবাচ :

ন হন্তব্যো ন হন্তব্য ইতি যন্মাং প্রভাষথ। ধর্ম্মবাদৈরধর্ম্মিষ্ঠা ধর্ম্মকঞ্চুকমাস্থিতাঃ ॥৪৩॥
যদা বালঃ সুভদ্রায়াঃ সুতঃ শস্ত্রবিনাকৃতঃ। যুষ্মাভির্নিহতো যুদ্ধে তদা ধর্ম্মঃ ক বো গতঃ ॥৪৪॥

---

অদুগা কৃষ্ণ, অর্জ্জুন, ভীমসেন, অর্জ্জুনগী রথবু ঙাকশেল্লিবা যুধামন্যু, উত্তমৌজা, অশ্বত্থামা, কৃপাচার্য্য, কর্ণ, বৃষসেন, জয়দ্রথ মখোয় অসিনা "তৌরু তৌরু!" হায়না লাউরক্ল কাওবদা অদুগা পক্ষ অনীমকী লান্মীশিংমক্না "ভূরিশ্রবা হাৎপিগনু হাৎপিগনু!" হায়না লাউনরকলবদু কাওবদা সাত্যকিনা ভূরিশ্রবাগী মতক ককখি ॥৩৪॥-৩৬॥ অর্জ্জুননা পাম্বোম নাম ককপ্রবা, ধ্যান তৌদুনা লৈরিবা ভূরিশ্রবাগী মতক্ অদুবুসু সাত্যকিনা থাগনা ককখি ॥৩৭॥ অর্জ্জুনগী খুৎনায়দগী চৈনা কংদুনা লৈরবা ভূরিশ্রবাবু হাৎখিবসিদা কনা অমত্তনা সাত্যকিবু থাগৎখিদ্রে, অহোয়নদুম্ নিঙ্গা থীনা তৌনখি ॥৩৮॥ নোংমদোম্বক্ত কৃষ্ণৈ মেংলিবা লাইমায়শিং, সিদ্ধসাধ্য গন্ধর্ব্বশিং অদুগা চারণশিংনা ভূরিশ্রবানা ধ্যান তৌম-তৌন লালকমদ মণ্ডাই থাখিববু উবদা অঙকপগ লোয়ননা ভূরিশ্রবাবু থাগৎখি। মতম অসিদা মহারাজ! কৌরব লান্মী কনাগুমনদি সাত্যকিনা তৌরিবা থবক্ অসি য়াব য়াওরি। ॥৩০-৪০॥

ময়াম্ খয়না হায়নৈ—"তৌরিবা থবক অসিদা সাত্যকিগী দোষ কয়িমত্ত লৈত্তে। কয়িনা—থবক অসি অস্মু থোকউ হায়দুনা মতমপ্রবনি। অগুন মযাম সাত্যকিবু নিঙ্গা তৌবসে চুম্‌দে, শাউবসু চুম্‌দে। মরম্‌দি অশাউবদগী ভাইবং মীগী য়াম্ম থীনা মাঙবা অম লাক্‌ই" ॥৪১॥ অকন্‌বনা য়েক্কবা হাৎপা হায়বসি হৌনশানি। মাসিদা কয়িমত্ত থয়কম্ লৈত্রবনি। অসিগী মথক্ত সাত্যকিদি ভূরিশ্রবাগী শিকম্ ওইনা বিধাতানা অদুম শেম্‌প্রবনি ॥৪২॥ সাত্যকিনা মযাম্‌দা অস্মু লাউরকই—"ধর্ম্মচেন্দ্রবা-ধর্ম্মমশক্ খঙদ্রবশা! ধর্ম্মগী রা ঙাঙ্‌শিন্নদুনা, ধর্ম্মখঙবা শাশিন্নদুনা "ভূরিশ্রবা হাৎকনু. হাৎপ হৌনদে"—হায়না ঐঙোন্দা লাওরক্-হায়রকপশানি। মযাম্মা হায়রিবদুনা হেন্ন চুম্‌দ্রে, ॥৪৩॥ অদুগৈ নখোয় মযাম চঙদুনা খুৎলায় য়াওদ্রবা অঙাং অমবু হাৎখি। মতম অদুদা ধর্ম্মখঙলবা নখোয়গী ধর্ম্মনা কদায়দা লোৎসুই? ॥৪৪॥ ঐগী রাগক্ অমদৈ,

ময়া হ্যেতৎ প্রতিজ্ঞাতং ক্ষেপে কস্মিংশ্চিদেব হি। যো মাং নিষ্পিষ্য সংগ্রামে জীবন্ হন্যাৎ পদা রুষা।
স মে বধ্যো ভবেচ্ছত্রুর্যদ্যপি স্যান্মুনিব্রতঃ ॥৪৫॥
চেষ্টমানং প্রতীঘাতে সভুজং মাং সচক্ষুষঃ মন্যধ্বং মৃত ইত্যেবমেতদ্বো বুদ্ধিলাঘবম্।
যুক্তো হ্যস্য প্রতীঘাতঃ কৃতো মে কুরুপুঙ্গবাঃ। ॥৪৬॥
যত্তু পার্থেন মাং দৃষ্ট্বা প্রতিজ্ঞামভিরক্ষতা। সখড়্গোঽস্য হৃতো বাহুরেতেনৈবাপি বঞ্চিতঃ ॥৪৭॥
ভবিতব্যং হি যদ্ভাবি দৈবং চেষ্টয়তীব চ। সোঽয়ং হতো বিমর্দ্দেঽস্মিন্ কিমত্রাধর্ম্মচেষ্টিতম্ ॥৪৮॥
অপি চায়ং পুরা গীতঃ শ্লোকো বাল্মীকিনা ভুবি। ন হন্তব্যাঃ স্ত্রিয় ইতি যদ্ব্রবীষি প্লবঙ্গম।
পীড়াকরমমিত্রাণাং যৎ স্যাৎ কর্ত্তব্যমেব তৎ ॥৪৯॥

---

মাহ্ময়াম তাও। কনাগুম্বা অমনা লান্দা ঐবু হিংনহিংনা ঐবু শাউঙ্গনা চিংহ্নুনা পুম্বা, খোংপাক্লা কাওথ্রবা অহু ওয়বদি, মাহ্ন তৌরিবা মী অহুদা মকম্ মতম্ অমদা যোগী মুনি ওইহ্নুনা ধ্যান তৌহ্নুনা লৈরম্মবসু, মাবু খুদক্ত হাৎকনি—অসিনি ঐগী রাশক্ ॥৪৫॥ অসিগী মথক্তা ঐগীদি পাম্বোম অনী য়াওরি; মহাক্না ঐডোন্দা খোঙপাক্ন: কাওখিবহ্নগী লমনখুমসে হায়না ঐনা হোৎনবতনি। নখোয় পুম্নমক্না নমীৎ অশুম্ মপাল্লিবনি—অহুবু ঐবু শিরে হায়না ময়াম্না উখি। মাদো নখোয়গী রাথল খেনবদগীনি। অকনবনা মাগী রাশক্ থুংওম্দনা থক্ শিরোই অকনবা অমনা মাগী রাশক্ থুংননবা তৌবথবক্ত---ময়াম্না নিন্দা তৌরিবদো য়াম্না চুমদে—লাল্লি ॥৪৬॥ হোয়, তৌবগীদি, অকনবা অর্জ্জুননসু মাগী রাশক্কী মতুং ইন্না ঐ লৈন-লৈন ভূরিশ্রবাগী মপাম্বোম্ ককথৎপিখি—মাসি—অর্জ্জুননা ঐডোন্দা নমথাক তৌবিশ্রবা অমা ওইনা থোকই ॥৪৭॥ থোকবা থৌদোক্ অহুদি অহুম থোক্লগদবনি। কনা অমতনা খিংবা য়ারোই। মাহুগী থবক অহুত থোক্লনবা লাইনসু অহুম্ মশাল্লকই। অহুনা ভূরিশ্রবানা মানা তৌরকপা কর্ম্মগী মতুং ইন্না অস্তুম্না থোকউ হায়না তমথ্রবা থবক অসি থোকখ্রিবসিদা অধর্ম্মগী থবক্নি হায়বসি করি করম্না চুম্গদৌরিবনো? ॥৪৮॥ মমাঙতৈদা বাল্মীকি মুনিনা শৈরেং অমা রামায়ণদা অস্তুম্না লেংহ্নুনা শক্থি:—"নোংমদোম্হক্ত পাই ওম্বা। নুপী হাৎহৈদে হায়রিবদো,

খুদোংথীকম্ থোক্লবী, য়েক্লবগী মশক্ ওইরবী
নুপীবু হাৎপদা লৈতে দোষ, খণ্ড, বানর জাতিদা পোক্লবা *

---

* টীকা :—মাসি বাল্মীকি রামায়ণদ য়াওবা শ্লোক্ অমগী শৈরেংগী মওংদা পীবা অর্থনি "মায়াসীতাবু হাৎকে হায়না রাবণগী মচানুপা ইন্দ্রজিৎনা তৌরকপা মতমদা নুপী হাৎহৈদে—হাৎকনু" হায়না হনুমাননা লাউরকপা খামলকপমতম্দা ইন্দ্রজিৎনা খুম্বা শৈরেংহ্নগী অর্থনি। হায়রিবা অসিনা প্রমাণ ওইহ্নুনা কনাগুম্বগী মতদা রামায়ণনা মহাভারত ভগী কোম লেংবনি হায়রহ্ন—লাল্লি।

## সঞ্জয় উবাচ

এবমুক্তে মহারাজ ! সর্ব্বে কৌরবপুঙ্গবাঃ । ন স্ম কিঞ্চিদভাষন্ত মনসা তমপূজয়ন্ ॥৫০॥

মন্ত্রাভিপূতস্য মহাধ্বরেষু যশস্বিনো ভূরিসহস্রদস্য । মুনেরিবারণ্যগতস্য তস্য ন তত্র কশ্চিদ্বধমভ্যনন্দৎ ॥৫১॥

সুনীলকেশং বরদস্য তস্য শূরস্য পারাবতলোহিতাক্ষম্ ।

অশ্বস্য মেধ্যস্য শিরো নিকৃত্তং ন্যস্তং হবির্ধানমিবান্তরেণ ॥৫২॥

স তেজসা শস্ত্রহতেন পূতো মহাহবে দেহবরং বিসৃজ্য ।

আক্রামদূর্দ্ধং বরদো বরার্হো ব্যাবৃত্য ধর্ম্মেণ বরেণ রোদসী ॥৫৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

জয়দ্রথবধে ভূরিশ্রবসো বধে চতুর্বিংশত্যধিক-

শততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

——:0:——

সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ । সাত্যকিনা অসুম হায়রকপবদা কৌরবপক্ষ রোমদগী কনানসু খুম্মক্তে । মপুন্নাংদা সাত্যকিবু অয়াম্বনা থাগৎনখি ॥৫০॥ অতুমকপু—যজ্ঞ কয়া তৌগ্রবা, মিংচৎ চাউরবা, সনাতুপা লিশিং লিশিং দান তৌগ্রবা মতম অতুদসু মুণিগুম্ যোগীগুম্ লৈরবা ভূরিশ্রবাবু হাৎপসি অয়াম্বনা চুপ্পি হায়নখিদে ॥৫১॥ মতম অমদা অতিথিশিংনা অপাম্ব মথৈ দান তৌগ্রবা, বল্লবা ভূরিশ্রবাগী মুরবা শমজোইনা অমদি,থুগুগী মীৎকী মতৌগুম্না ভাঙ্ লৈনরবা মীৎ অনীনা লৈতেং ওইরবা কোক অতুনা হকচাংদগী তোঙাল্ল তারকতুনা, যজ্ঞগী পূর্ণাহুতিদা অশ্বমেধ যজ্ঞগী বলি তৌগ্রবা শগোলগী মকোক কুয়া লৈমায়থক্ত তুম্বিন্ন লৈখি ॥৫২॥ মহারাজ ! মী পুম্নমকী নীঙবা থুংনবা, মশাগী নীঙবপুম্বসু খুংগ্রবা ভূরিশ্রবানা কুরুক্ষেত্রগী লাঞ্জাও অতুদা পুণ্যচেল্লব মাগী ইহলোককী হকচাং অদু থাদোকলমতুনা, মহাক্না তৌরম্ব ধর্ম্ম অমদি কর্ম্ম অতুনা পাম্বৈ ওইতুনা আকাশ পাতাল কাওনা মিংচৎ থমমমতুনা স্বর্গ কাখি ॥৫৩॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা "ভূরিশ্রবসোবধ"গী চামকুম্মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

— — —

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চবিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

চামকুম্মঙাশুবা অধ্যায়ঃ ॥

( বৃষ্ণিবংশবু থাগৎপা )

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

অজিতো দ্রোণরাধেয়বিকর্ণকৃতবর্ম্মভিঃ। তীর্ণঃ সৈন্যার্ণবং বীরঃ প্রতিশ্রুত্য যুধিষ্ঠিরে ॥১॥
স কথং কৌরবেয়েণ সমরেষ্বনিবারিতঃ। নিগৃহ্য ভূরিশ্রবসা বলাদ্ভুবি নিপাতিতঃ ॥২॥

সঞ্জয় উবাচ

শৃণু রাজন্নিহোৎপত্তিং শৈনেয়স্য যথা পুরা। যথা চ ভূরিশ্রবসো যত্র তে সংশয়ো নৃপ ॥৩॥
অত্রেঃ পুত্রোঽভবৎ সোমঃ সোমস্য তু বুধঃ স্মৃতঃ। বুধস্যৈকো মহেন্দ্রাভঃ পুত্র আসীৎ পুরূরবাঃ ॥৪॥
পুরূরবস আয়ুস্তু আয়ুষো নহুষঃ সুতঃ। নহুষস্য যযাতিস্তু রাজর্ষিদেবসম্মিতঃ ॥৫॥
যযাতের্দেবযান্যাস্তু যদুর্জ্যেষ্ঠোঽভবৎ সুতঃ। যদোরভূদন্ববায়ে দেবমীঢ় ইতি শ্রুতঃ ॥৬॥
যাদবস্তস্য তু সুতঃ শূরস্ত্রৈলোক্যসম্মতঃ। শূরস্য শৌরির্নৃবরো বসুদেবো মহাযশাঃ ॥৭॥
ধনুষ্যনবরঃ শূরঃ কার্ত্তবীর্য্যসমো যুধি। তদ্বীর্য্যশ্চাপি তত্রৈব কুলে শিনিরভূন্নৃপ ॥৮॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! অকন্‌বা সাত্যকিনা যুধিষ্ঠিরগী মফমদা অর্জ্জুন উনরুবগী অমদি মাগী মঙ্গল ওইবগী পাউ পুন্নকনি হায়না য়াহুনা লাল্লক চঙথিবনি। অহুবু দ্রোণ কর্ণ বিকর্ণ অহুগা কৃতবর্ম্মামক্কা মহাকপু খিংবা ঙম্‌খিদে। অহুমক্তনা মহাক্কা কৌরব লাশ্মী ঈপাকপু তাম্থোক্তুনা চৎখিবনি ॥১॥ মরম্ অহুনা লাল্‌ফম্ অয়াম্বদা মমাঙদা লেপ্লিনবা লৈখিব্রবা অহু-গুম্বা সাত্যকিবু করিগীদমক্ কুরুবংশগী ভূরিশ্রবানা লৈমায়থক্ত থাদরগা চিংবা ঙমখিবনো? ॥২॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! মমাঙৈদা; সাত্যকি অমদি ভূরিশ্রবানা পোকখিবা মরমদা মহারাজগী চিংনবা অহুগা খঙবিদবা শরুক্ লৈরে। মাহু লীজগে তাবিয়ু ॥৩॥ অত্রিগী মচানা চন্দ্রনি, চন্দ্রগী মচানা বুধনি, হায়রিব বুধ অসিগী ঈদগী ইলাগী গর্ভদা পুরূরবা হায়বা, ইন্দ্রগুম্ব মচা অম পোকখি ॥৪॥ পুরূরবাগী মচানা আয়ু, আয়ুগী মচানা নহুষ, নহুষগী মচানা যযাতিনি। যযাতি হায়রিব রাজর্ষি অসি লাইমচাগুম্বা মতীকমগুণ চাউই—য়াম্ম কৈ ॥৫॥ যযাতিগী মচা অহন্ যদু হায়বসি দেববানীগী গর্ভদা পোকৃই। মতম্‌গী মতুংইন্না যদুগী বংশদা দেবমীঢ় হায়ব অম পোকৃই ॥৬॥ দেবমীঢ়গী মচা শূর হায়বহু মরোল্ অহুম্না সুংশিরবা অমদি কাওরবা নিপা অম ওইখি। শূরগী মচা মিংচৎ চাউরবা নিপা অগোইবা অহু বসুদেব কৌই ॥৭॥ মহারাজ!

এতস্মিন্নেব কালে তু দেবকস্য মহাত্মনঃ। সুতায়াঃ স্বয়ম্বরে রাজন্। সর্বক্ষত্রসমাগমে ॥৯॥
তত্র বৈ দেবকীং দেবীং বসুদেবার্থমাস্থিতঃ। নির্জিত্য পার্থিবান্ সর্ব্বান্ রথমারোপয়চ্ছিনিঃ ॥১০॥
( যুগ্মকম্ )

তাং দৃষ্ট্বা দেবকীং শৌরে রথস্থাং পুরুষর্ষভ।। নামৃষ্যত মহাতেজাঃ সোমদত্তঃ শিনের্নৃপ। ॥১১॥
তয়োর্যুদ্ধমভূদ্রাজন্ দিনার্দ্ধং চিত্রমদ্ভুতম্। বাহুযুদ্ধং সুবলিনোঃ প্রসক্তং পুরুষর্ষভ। ॥১২॥
শিনিনা সোমদত্তস্তু প্রসহ্য ভুবি পাতিতঃ। অসিমুদ্যম্য কেশেষু প্রগৃহ্য চ পদাহতঃ ॥১৩॥
মধ্যে রাজসহস্রাণাং প্রেক্ষকাণাং সমন্ততঃ। কৃপয়া চ পুনস্তেন স জীবেতি বিসর্জিতঃ ॥১৪॥ (যুগ্মকম্)
তদবস্থঃ কৃতস্তেন সোমদত্তোঽথ মারিষ।। প্রাসাদয়ন্মহাদেবমমর্ষবশমাস্থিতঃ ॥১৫॥
তস্য তুষ্টো মহাদেবো বরদানাং মহাপ্রভুঃ। বরেণ চ্ছন্দয়ামাস স তু বব্রে বরং নৃপ। ॥১৬॥
পুত্রমিচ্ছামি ভগবন্! যো নিপাত্য শিনেঃ সুতম্। মধ্যে রাজসহস্রাণাং পদা হন্যাচ্চ সংযুগে ॥১৭॥
তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা সোমদত্তস্য পার্থিব।। এবমস্ত্বিতি তত্রোক্ত্বা স দেবোঽন্তরধীয়ত।
স তেন বরদানেন লব্ধবান্ ভূরিদক্ষিণম্ ॥১৮॥
ন্যপাতয়চ্চ সমরে সৌমদত্তিঃ শিনেঃ সুতম্। পশ্যতাং সর্ব্বসৈন্যানাং পদা চৈনমতাড়য়ৎ ॥১৯॥

---

হায়রিবা যদু বংশ অসিদা ধনুর্ব্বেদদা চঙখোল্লবা, মরিল মথোনা অমদি লান্দা কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুনগা মান্নবা কল্লবা শিনি হায়বা নিংথৌ অম পোকখি ॥৮॥ মহারাজ! মহাত্মা ওইরবা দেবক হায়বদুগী মচানুপী স্বয়ম্বর সভাদা কল্লবা ক্ষত্রিয় কয়া লাকখি। শিনিনা মথোয় অদু লোইনা ঙমদুনা বসুদেবগীদমক্ত দেবকী মচানুপী শন্ন্য দেবকীবু রথমথক্ত হাপ্‌কৎতুনা পুখি ॥৯-১০॥ মহারাজ! শিনিনা দেবকীবু মাগী রথ মথক্ত হাপ্‌কত্তুনা ময়াম্বু উশিন্তুনা পুখিবসি উবদা কল্লবা সোমদত্ত হায়বা নিংথৌ অসি খাৎতুনা লৈবা ঙম্মবত্রে ॥১১॥ অদুদগীদি সোমদত্ত অসিনা প্রাপ্‌ প্রাপ্‌ তান্নরক্তুনা অকনবা অনীসিনা শোক্লবসি ঢুমিৎ চায়থ্রে। মতুংদা নিপা অখোইবা অনীসি মল্লযুদ্ধ তৌনখি ॥১২॥ অদুদগী অয়েংবা মী লিশিংগী মমাঙদা শিনিনা সোমদত্তবু খাংগত্তুনা লৈমায়থক্ত খাদরগা মখোঙপাক্লা হন্না হন্না কাওরগা — "কৈ! নংহিংদি হিংজখো" হায়দুনা থাদোকপিখি ॥১৩-১৪॥ ইকাযখুম্নবগী মশক ওইরবা মহারাজ! মাদুগী নুংঙাইথিদবনা সোমদত্ত অসি মতম্ কুইনা মহাদেবগী তপস্যা তৌখি ॥১৫॥ মানা তৌরিবা তপস্যা অদুদা পেল্লদুনা থৄনা পেন্‌বিহৈবা মহাদেবনা নোংম চোংখোরক্তুনা সোমদত্তদা "নংনা পাম্ব বর নিযু" হায়রে ॥১৬॥ মতম অদুদা সোমদত্তনা হায়:—"ভগবন্! ননাই ঐগোন্দ বর পীবিগে হায়রবদি নিংথৌ লিশিংলিশিংগী মমাঙদা শিনিবংশগী অকনবা অমবু খোঙপাক্লা কাওবা ঙম্বা ঈচা অমতং পীনবিয়ু ॥১৭॥ মহারাজ! সোমদত্তগী বা তাবদা মহাদেবনা "করে অদু মঙায়রে কংজরো" — হায়লনা বর পীরক্লগা মাঙখি। মহাদেবগী কৃপাদগী সোমদত্তগী মচা ভূরিশ্রবা হায়বসি পোকপনি ॥১৮॥ মরম অদুনা মহাদেবগী বরদগী ভূরিশ্রবানা শিনিবংশদা পোক্‌পা সাত্যকিবু লৈমায়থক্ত চিংদুনা খোঙ-

এতত্তে কথিতং রাজন্ [illegible] । [illegible] ॥২০॥
[illegible] সংবাদে [illegible] । দেবদানবগন্ধর্বান্ বিজেতারো ভবিষ্যতাঃ ।
স্ববীর্য্যাবজয়ে যুক্তা নৈতে পরপরিগ্রহাঃ ॥২১॥
ন ভূয্যং বৃষ্ণিভিরিহ দৃশ্যতে কিঞ্চন প্রভো । । ভূতং ভব্যং ভবিষ্যঞ্চ [illegible] ভরতর্ষভ । ॥২২॥
ন [illegible] শাসনে রতাঃ । ন দেবাসুরগন্ধর্বা ন যক্ষোরগরাক্ষসাঃ ।
জেতারো বৃষ্ণিবীরাণাং কিং পুনর্মানবা রণে ॥২৩॥
[illegible] জাতিদে চাপ্যহিংসকাঃ । এতেষাং রক্ষিতারশ্চ যে স্যুঃ কস্মাচ্চিদাপদি ॥২৪॥
অর্থবন্তো ন চোৎসিক্তা [illegible] সত্যবাদিনঃ । [illegible] চ ॥২৫॥
নিত্যং দেবপরা দান্তা দাতারশ্চাবিকত্থনাঃ । তেন বৃষ্ণিপ্রবীরাণাং চক্রং ন প্রতিহন্যতে ॥২৬॥
অপি মেরুং বহেৎ কশ্চিত্তরেদ্বা মকরালয়ম্ । ন তু বৃষ্ণিপ্রবীরাণাং সমেত্যান্তং ব্রজেন্নৃপ । ॥২৭॥

---

পাক্ত কাওবা ভমখিবনি ॥১৯॥ মহারাজ ! মহারাজনা হংবিখিবদো খুমজরবনি। শম্ম হায়পদবা হায়ববু—কনাগুম্ব বরদান ফংবা [illegible] কনা অমতা পোকৃত্রি ॥২০॥ মরম্ অত্তুমকতনা যদুবংশগী মীশিংসে লান্দা য়াম্ম হৈ। মখোয়বু অমনা পাক ভমুদে। লালোংস্থ মথল্ মথল্ য়াম্ম শোক্কে ফ লাইহিংচাবা [illegible] কাওবু অম্ম [illegible]। মাসিদা চিংনকম ভককম লৈতে। মশা মশাগী শক্তিনা [illegible] অম্ম তৌবা ভম্মি। মীগী শক্তিগী মপান্ করিমতা তাংদে মখোয়না ॥২১॥

ভরতনন্দন, মহারাজ ! জগৎ অসিগী মনুংদা ভূত-ভবিষ্যৎ-বর্ত্তমানদা কনাগুম্ব লাম্মী অমতনা বৃষ্ণিবংশগী মীগা মান্নবা কনবা-হৈবা ওইরোই ॥২২॥ যদুবংশগী মীপুম্ব শাগৈনাতৈবু থক্ উশিত্থো-ওইদবা তৌদে। অহল্লমন্-লাইগুরুগী য়ারকয়াক্তেমগী মথাদা লৈ। লাইহিংচাবা গন্ধর্ব্বশিংমক্তা মখোয়গা শোক্কব-থেংনবা ভমুদে। তাইবং মীচম্গদি অমুক করি হায়গনি ॥২৩॥ বৃষ্ণিবংশগী মীশিংদি ব্রাহ্মণগী মহল, গুরুগী মপোৎ অদুগা শাগৈনাতৈগী মপোৎ থোইন কল্লকনদে। হায়রিবা লম্ব্রম্ অসিগীদমক্ত অমগমপ হিংসা তৌনদে ॥২৪॥ মখোয় অসি মহলৈবা মক্তনি ; অদুবু মখোয়গী মনুংদা কনাঅমত্ত নাপল্ তৌদে, খোয়দে। ব্রাহ্মণবু লুনা তৌই, অচুম্ব ভাত্তিভ। মখোয়না কনাঅমতবু তাথীতাওইনা তৌদে। অরাব-খুদোংথীরববু উদ্ধার তৌননবা-থাংগৎপিননবা হোৎনৈ ॥২৫॥ অদুগা যদুবংশদা পোকৃপমথৈ য়াম্ম লাইনীত্তিভ, মোন্নকই, দান তৌই, মশাবু থাগচদে। অদুনা যদুবংশগী লাম্মীশিংবু কনাঅমতনা থিংব-লাকপা ভমুদে ॥২৬॥ মহারাজ ! কনাগুম্বনা সুমেরু চীঙজাওবু কোকৃথোংনাদুনা পুখিবা য়াই। সমুদ্র-ঈপাকপুম্ব লানখিবা য়াই। অদুগা বৃষ্ণিবংশগী অকনবগী মকমদা হোচ্চিল্লবা মীঅম্মদি অমুক হিংনা হল্লকপতদি য়ম্মাদ্রে ॥২৭॥

এতত্তে পর্ব্বমাখ্যাতং যত্র তে সংশয়ো বিভো ।। কুরুরাজ । নরশ্রেষ্ঠ ! তব হ্যপনয়ো মহান্ ॥২৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে বৃষ্ণিবংশপ্রশংসায়াং পঞ্চবিংশত্যধিক শততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

মহারাজ। মহারাজগী পূক্নিংদা লৈরিবা চিংনবমখৈগ শেংদোকচরবনি। শম হায়রবদা মহারাজ! থোক্লিবা থৌদোক্শিংসে মহারাজগী কত্রবা নীতিদগী থোক্খিবা ওাকনি।

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক্লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মফুংদা বৃষ্ণিবংশপ্রশংসা"গী চামকুমঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ষড়্বিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

### চামকুনতরুকগুবা অধ্যায় ।

( জয়দ্রথ বধগী মফুংদা অকনবা লান্নাও )

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ ।

তদবস্থে হতে তস্মিন্ ভূরিশ্রবসি কৌরবে । যথা ভূয়োঽভবদ্যুদ্ধং তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয় ! ॥১॥

সঞ্জয় উবাচ ;

ভূরিশ্রবসি সংক্রান্তে পরলোকায় ভারত ।। বাসুদেবং মহাবাহুরর্জ্জুনঃ সমচূচুদৎ ॥২॥
চোদয়াশ্বান্ ভৃশং কৃষ্ণ । যতো রাজা জয়দ্রথঃ । প্রতিজ্ঞাং সফলাঞ্চাপি কর্ত্তুমর্হসি মেঽনঘ ! ॥৩॥
অস্তমেতি মহাবাহো ! ত্বরমাণো দিবাকরঃ । এতদ্ধি পুরুষব্যাঘ্র । মহদভ্যুদ্যতং ময়া ।
কার্য্যং সংরক্ষ্যতে চৈব কুরুসেনামহারথৈঃ ॥৪॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! ধ্যানতৌদ্রনা কম্প্রবা ভূরিশ্রবাবু সাত্যকিনা হাৎপ্রবা তুংদা থোকখিবা লাল্ অদু অমুক লীথরো ॥১॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! ভূরিশ্রবানা লালকয়দগী নোংগাপ্রবদা সারথী ওইরিবা কৃষ্ণদা অর্জ্জুননা হায়খিঃ—॥২॥ কৃষ্ণ! জয়দ্রথনা লৈরিবা মফম অসিদা রথ অসি থৌজিল্লো। পাপ য়াওদ্রবা যাদব! নংনা ঐগী ৱাশক্ থ্বংহল্লু ॥৩॥ অকন্বা কৃষ্ণ নুমিৎ অসি তাগদবা থরত মঙায়শিল্লক্লে। ঐগী তৌগদবা ঊথৌ অচৌবা অমা লৈরি।

সাধয়েতি তথা দুর্য্যো যথা সত্যং ভবেচ্চ। চোদয়াশ্বাংস্তথা কৃষ্ণ। যথা হন্যাং জয়দ্রথম্ ।৫।
ততঃ কৃষ্ণো মহাবাহু রজতপ্রতিমান্ হয়ান্। হয়জ্ঞশ্চোদয়ামাস জয়দ্রথরথং প্রতি ।৬।
তং প্রয়ান্তমমোঘেষুমুৎপতদ্ভিরিবাশুগৈঃ। ত্বরমাণা মহারাজ। সেনামুখ্যাঃ সমাদ্রবন্ ।৭।
দুর্য্যোধনশ্চ কর্ণশ্চ বৃষসেনোঽথ মদ্ররাট্। অশ্বত্থামা কৃপশ্চৈব স্বয়মেব চ সৈন্ধবঃ ।৮।

(যুগ্মকম্)

সমাসাদ্য চ বীভৎসুঃ সৈন্ধবং প্রমুখে স্থিতম্। নেত্রাভ্যাং ক্রোধদীপ্তাভ্যাং সংপ্রৈক্ষন্নির্দহন্নিব ।৯।
ততো দুর্য্যোধনো রাজা রাধেয়ং ত্বরিতোঽব্রবীৎ। অর্জ্জুনং প্রেক্ষ্য সংযান্তং জয়দ্রথরথং প্রতি ।১০।

অয়ং স বৈকর্ত্তন। যুদ্ধকালো বিদর্শয়স্বাত্মবলং মহাত্মন্।।
যথা ন বধ্যেত রণেঽর্জ্জুনেন জয়দ্রথঃ কর্ণ। তথা কুরুষ ।১১।
অল্পাবশেষো দিবসো নৃবীর! বিঘাতয়স্বাদ্য রিপুং শরৌঘৈঃ।
দিনক্ষয়ং প্রাপ্য নরপ্রবীর। ধ্রুবো হি নঃ কর্ণ! জয়ো ভবিষ্যতি ।১২।

সৈন্ধবে রক্ষ্যমাণে তু সূর্য্যস্যাস্তমনং প্রতি। মিথ্যাপ্রতিজ্ঞঃ কৌন্তেয়ঃ প্রবেক্ষ্যতি হুতাশনম্ ।১৩।
অনর্জ্জুনায়াঞ্চ ভুবি মুহূর্ত্তমপি মানদ।। জীবিতুং নোৎসহেরন্ বৈ ভ্রাতরোঽস্য সহানুগাঃ ।১৪।

---

অমমোম্‌দা কৌরবলাম্মী অকন্‌বা ময়াম্মা জয়দ্রথবু ঙাক্‌শেন্দুনা লৈরে ॥৪॥ অদুনা কৃষ্ণ! মুমিৎনা তান্নিবগি অসিদা জয়দ্রথবু হাৎলগা, রাশক্‌ থুংবা ঙমনবা শগোল অসি থূনা য়াঙনা খোজিন্নু ॥৫॥ অর্জ্জুনগী রাসি তাবদা কল্লবা, শগোল খোবা হৈরবা কৃষ্ণনা জয়দ্রথগী রথনা লৈরিবা মায়গী অদোমদা লুপাগী মতৌগুম্মা ভোরবা শগোল মরি অদু খোজিল্লক্‌ই ॥৬॥ মহারাজ! কাপ্‌খিবা তেল অমত্তা অমেন্দ মাঙহন্দবা ঙম্বা অর্জ্জুননা জয়দ্রথতম্মা ফুজিল্লক্‌পদু উবদা দুর্য্যোধন, কর্ণ, বৃষসেন, শল্য, অশ্বত্থামা কৃপ, অদুগা জয়দ্রথ মশামক্‌—মখোয় অসি অর্জ্জুনবু খিংগদবগী হোজ্জিল্লকই, মাগী মাগী রথবু চিংলিবা শগোলশিং অদুনা মুংশিংকী মমাঙ থানা চেলশিল্লক্‌ই ॥৭-৮॥ অসোম্‌দগী সু অর্জ্জুননা চঙশিল্লক্‌ুনা জয়দ্রথবু চাথোক্কদবগী মতাগুম্ মীৎ অনী কূপুনা শাউনা থানা য়েংঙক্‌ই ॥৯॥ মহারাজ! অর্জ্জুননা জয়দ্রথ তম্মা চুম্‌জিংনা চঙশিল্লক্‌পদু উবদা দুর্য্যোধননা কর্ণদ অস্তুম্মা হায়রকই—॥১০॥ কর্ণ! মরূপ! নংনা নংগী ঙমজবা শক্তিনা শোরুগদবা লাল অদু ঙসিনি। পূকচেল চাউবা অকনবা! নশাগী অরৈবা শক্তি বিদ্যা উৎলু। অকন্‌বা! ঙসি অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎখিদনবসি ভৌ ॥১১॥ নিপাগী মনুংদা অকনবা! হৌজিক নুমিৎ তাগদবা খিত্ত মঙায়শিল্লক্‌লে। অদুনা নুমিৎ তান্নিকাওবত য়েক্কবশু নংগী খোর খোরবা তেলনা ঙাকখোকতূনা থম্মু। নুমিৎ হেক তাখিবদা ঐখোয়গী জয় শোয়দ্রবনি ॥১২॥ মরমদি নুমিৎ তান্নিবগিদা অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎপা ঙমহৌদ্রবদি মানা মাগী রাশকী মতুং ইন্না মৈনুংদা চোংশিন্দুনা মরাইন শিজ্রপনি ॥১৩॥ ঈকায়খুম্নরম্ খোক্‌পদা ঈকায় খুম্নবা হৈবা কর্ণ! পৃথিবীদবু অর্জ্জুন হেক মরৈখিদ্রবদি মখোয় মচীনমনাও পাণ্ডবশিং অসিসু অমত্ত

যোৎস্যামি তু যথাশক্তি ত্বদর্থং জীবিতং মম। যথা পাণ্ডবমুখ্যোঽসৌ ন হনিষ্যতি সৈন্ধবম্ ॥২৬॥
ন হি মে যুধ্যমানস্য সায়কাংস্তুতঃ শিতান্। সৈন্ধবং প্রাপ্স্যতে বীরঃ সব্যসাচী ধনঞ্জয়ঃ ॥২৭॥
যত্তু ভক্তিমতা কার্যং বদতঃ হিতকাঙ্ক্ষিণা। তৎ করিষ্যামি কৌরব্য! জয়ো দৈবে প্রতিষ্ঠিতঃ ॥২৮॥
সৈন্ধবার্থে পরং যত্নং করিষ্যাম্যদ্য সংযুগে। ত্বৎপ্রিয়ার্থং মহারাজ! জয়ো দৈবে প্রতিষ্ঠিতঃ ॥২৯॥
অদ্য যোৎস্যেঽর্জুনমহং পৌরুষং স্বং ব্যপাশ্রিতঃ। ত্বদর্থং পুরুষব্যাঘ্র! জয়ো দৈবে প্রতিষ্ঠিতঃ ॥৩০॥
অদ্য যুদ্ধং কুরুশ্রেষ্ঠ! মম পার্থস্য চোভয়োঃ। পশ্যন্তু সর্বসৈন্যানি দারুণং লোমহর্ষণম্ ॥৩১॥
কর্ণকৌরবয়োরেবং রণে সংভাষমাণয়োঃ। অর্জ্জুনো নিশিতৈর্বাণৈর্জঘান তব বাহিনীম্ ॥৩২॥
চিচ্ছেদ নিশিতৈর্বাণৈঃ শূরাণামনিবর্ত্তিনাম্। ভুজান্ পরিঘসঙ্কাশান্ হস্তিহস্তোপমান্ রণে ॥৩৩॥
শিরাংসি চ মহাবাহুশ্চিচ্ছেদ নিশিতৈঃ শরৈঃ। হস্তিহস্তান্ হয়গ্রীবান্ রথাক্ষাংশ্চ সমন্ততঃ ॥৩৪॥
শোণিতাক্তান্ হয়ারোহান্ গৃহীতপ্রাসতোমরান্। ক্ষুরৈশ্চিচ্ছেদ বীভৎসুর্দ্বিধৈকৈকং ত্রিধৈব চ ॥৩৫॥
হয়া বারণমুখ্যাশ্চ প্রাপতন্ত সহস্রশঃ। ধ্বজাশ্ছত্রাণি চাপানি চামরাণি সিতানি চ ॥৩৬॥

---

কায়াৎ অমত লেঙওৎপা য়াত্রবানি ॥২৫॥ অতুমকপু নিংথৌ ! নংগী দমক্ত ঐগী লৈজবা শক্তিনা শোকতি শোক্লখিগে। পাণ্ডব অথোইবা অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু শুমিৎ তাত্রিত্তেদ। হাৎথিদনবত্তদি হোৎনরম্‌গে ॥২৬॥ ঐনা মায়কৈপুম্ব তেন্না পুম্‌কুপ কুপ্তুনা থমথবদা শুমিৎ তাত্রিত্তেদ। অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু কংবা ঙম্মোই ॥২৭॥ কৌরব নন্দন মহারাজ ! মচাক মরল ভারিবা মনাই অথদি মরূপ অমনা মবুঙোত্লগীদমক কদায় ফাওবা তৌব য়াবগে হায়বত্ত ঐহ্র তৌরমখিগনি। অতুগা মরূপ ! নিংথৌ ! কনান ঙম্বা কনান ; মায়থীবা অতুদি লাইগী নোংদমনি ॥২৮॥ নিংথৌ ! ঐনা ঙসি ঙম্বমথৈ হোৎনগদৌরিবসে নহাক্কী পেন্নবগী দমক্তি। অতুগা জয় পরাজয়দি লাইনা ভম্বনি ॥২৯॥ নিংথৌ ! ঙসিদি ঐ নিপা থৌদাং উত্তুনা অর্জ্জুনগা থেংননি। অতুগা জয়ত্তদি ঐনা হায়ব ঙমদে লাইবক্না ভম্বনি ॥৩০॥ "কৌরব অথোইবা ! ঙসিদি অউবা ভাবুকশিংনা কর্ণ অর্জ্জুন অনীসী পূক্নীংদা ভুজুংবা পোক্নীভায় ওইরবা লাঞ্জাও অহু উজহৌরসনু" ॥৩১॥ মহারাজ ! মত্তৌ অম্বুম্না কর্ণগা দুর্য্যোধনগা য়ারী শান্নরিঙৈসিমক্তদা অর্জ্জুননা কৌরব লান্মীশিংবু হাত্তিনলকলে ॥৩২॥ অর্জ্জুননা মাগী থৌর থৌরব তেন্না,চেন্দবা কৌরব লান্মীশিং অতুগী মঙক মপাম্বোম্ অতৎ অথম্ লৈতনা কক্‌পা হৌরকলে। লান্মীশিংতুগী পাম্বোম্ অমমন্না য়োচ্ছুক শাম্ব নাত্তাল মুক্ চাউরবশিংতুনা লৈমায়থক্ত প্রোপ্ প্রোপ্ কেল্লকাল ॥৩৩॥

মপাম্বোম চাউরবা ; কল্লবা, অর্জ্জুননা থৌর থৌরবা তেল্ লিশিং লিশিংবু অম্মুক্ত কাপ্‌খোরকপঙম্না মায়কৈ মরি ওন্দুনা লৈতুনা লান্মীশিংগী মঙক, শামুশিংগী মনাত্তোল্ শগোলশিংগী মঙক রথশিংগী রথগী চাকা কক্ কক্‌তুনা থাদরক্লে ॥৩৪॥ ক্ষুর মচীন শাবা, মচীন পাক্লবা থৌর থৌরবা তেন্না, অর্জ্জুননা, মথুত্ত থাঙ-তাপায়বা থোঙমী, শগোল তোংব লান্মী কয়া কয়াগী মশাবু মতুপ-মচেৎ অনীনী অহুম্‌হুম্ থোক্ল ককথত্তুনা থাদরক্লে ॥৩৫॥ মতম অতুদা শগোল শামুলিশিং লিশিংনা, ফিরাল-ছত্র, লীকং চামর লথা-লথানা শিংঙপ শানা লৈমায়থক্ত তারকলে ॥৩৬॥

কক্ষমগ্নিরিবোদ্ভূতঃ প্রদহংস্তব বাহিনীম্। অচিরেণ মহীং পার্থশ্চকার রুধিরোত্তরাম্ ॥৩৭॥
হতভূয়িষ্ঠযোধং তৎ কৃত্বা তব বলং বলী। আসসাদ দুরাধর্ষঃ সৈন্ধবং সত্যবিক্রমঃ ॥৩৮॥
বীভৎসুর্ভীমসেনেন সাত্বতেন চ রক্ষিতঃ। প্রবভৌ ভরতশ্রেষ্ঠ! জ্বলন্নিব হুতাশনঃ ॥৩৯॥
তং তথাবস্থিতং দৃষ্ট্বা ত্বদীয়া বীর্য্যসম্পদা। নামৃষ্যন্ত মহেষ্বাসাঃ পাণ্ডবং পুরুষর্ষভাঃ ॥৪০॥
দুর্য্যোধনশ্চ কর্ণশ্চ বৃষসেনোঽথ মদ্ররাট্। অশ্বত্থামা কৃপশ্চৈব স্বয়মেব চ সৈন্ধবঃ ॥৪১॥
সংরব্ধাঃ সৈন্ধবস্যার্থে সমাবৃণ্বন্ কিরীটিনম্। নৃত্যন্তং রথমার্গেষু ধনুর্জ্যাতলনিস্বনৈঃ ॥৪২॥
(যুগ্মকম্)

সংগ্রামকোবিদং পার্থং সর্ব্বে যুদ্ধবিশারদাঃ। অভীতাঃ পর্য্যবর্ত্তন্ত ব্যাদিতাস্যা ইবান্তকাঃ ॥৪৩॥
সৈন্ধবং পৃষ্ঠতঃ কৃত্বা জিঘাংসন্তোঽচ্যুতার্জ্জুনৌ। সূর্য্যাস্তমনমিচ্ছন্তো লোহিতায়তি ভাস্করে ॥৪৪॥
(যুগ্মকম্)

তে ভুজৈর্ভোগিভোগাভৈর্ধনূংষ্যানম্য সায়কান্। মুমুচুঃ সূর্য্যরশ্ম্যাভান্ শতশঃ ফাল্গুনং প্রতি ॥৪৫॥

---

মৈরি কংনা চাক্লবা মৈনা কংলবা নাপীশীংবী মপৈ মপৈবু চাকথেকলকপ অদুগুম্না অর্জ্জুননা কৌরবশিংবু মৈগী মশক লৌদুনা চাকথেকলকলে। মীকুপ অমগী মন্নুংদা লালকম্ অদু ঈতনা পুম্থিহ্ খীংল্রে ॥৩৭॥ কল্লবা, লান্দা মপা মৈত্রবা, শাকগুম কাণ্ডমত্রবা, অর্জ্জুননা মস্তৌ অগুম্না কৌরব লাম্মীমপৈবু নৈথাইরমদুনা জয়দ্রথ তম্না কম্ম ফুজিল্লকই ॥৩৮॥ ভরতশাপৈগী অথোইবা মহারাজ! মতম অসিদা ভীমসেন সাত্যকি অনীনা ঙাকথেল্লবা অর্জ্জুন অসি লালকম্ অদুদা মায়থোং মকারাম্ন পুমলং লংখি ॥৩৯॥ অর্জ্জুননা অস্মম্না লৈরকপা মতম অসিদা, কৌরব তেঙ্গোলগী কল্লবা লাম্মী অয়াম্বনা অর্জ্জুনগী মমাঙদা খাঙবা লেপপা ঙমম্মকল্লে ॥৪০॥ মতম অসিদা অর্জ্জুননা মাগী লীরী খীংবগী, কাপথোরক্‌পগী, খুখাঙগা লীরীগা তক্লবগী মথোলশিং অসিগা লোয়ন লোয়ননা রথ মথক অদুদা জগোঈ শাশাদুনা চঙ্‌শিল্লকপগী মতৌগুম্ চঙশিল্লক্‌পা মতমসিদা লালগী মপোৎ মচৈগুনা শেমশারবা—দুর্য্যোধন, কর্ণ, বৃষসেন, শল্য, অশ্বত্থামা, অদুগা কৃপাচার্য্য মথোয় অসিনা জয়দ্রথবু কনগদবগী জয়দ্রথবু মথোয়গী তুং ওইরগা থম্মদুনা অর্জ্জুনগী মায়গৈ অকোয়বদা কোয়শিল্লরে ॥৪১-৪২॥ মতম অসি, নুমিৎশু তাগদবগী অস্তাচল লোমদ ঈগী মস্তৌগুম্ মমায় ঙাঙনা চায়থরকলি। লান্দ হৈরবা অকনবশিং অসিনা নুমিৎপু থুনা তাহন্নীগনবা লোয়ননা, মরক অদুদা ঙম্নবদি কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীবু হাৎকে হায়না কায়না তৌদুনা, করিমত নীঙঙায়বা লৈতনা অর্জ্জুনবু কোয়শিল্লকই ॥৪৩-৪৪॥ অকনবশিং অসিনা মথোয়গী চিক্লাও অমমমগ মান্নবা পাম্বোমশিং অদুনা হাইদোক্-হাইজিন্ তৌদুনা মাগী মাগী লীকংগী লীরীবু নাকোং মরু কংন কংন চিংদুনা, নুমিৎকী তেজগুম্ কল্লবা লাংলবা থোরবা তেল্

তানস্তানশ্বমানাংশ্চ কিরীটী যুদ্ধদুর্ম্মদঃ। দ্বিধা ত্রিধাষ্টধৈকৈকং ছিত্বা বিব্যাধ তান্ রথান্ ॥৪৬॥
সিংহলাঙ্গুলকেতুস্তু দর্শয়ন্ বীর্য্যমাত্মনঃ। শারদ্বতীসুতো রাজন্নর্জ্জুনং প্রত্যবারয়ৎ ॥৪৭॥
স বিদ্ধা দশভিঃ পার্থং বাসুদেবঞ্চ সপ্তভিঃ। অতিষ্ঠদ্রথমার্গেষু সৈন্ধবং প্রতিপালয়ন্ ॥৪৮॥
অথৈনং কৌরবশ্রেষ্ঠাঃ সর্ব এব সমন্ততঃ। মহতা রথবংশেন সর্ব্বতঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥৪৯॥
বিস্ফারয়ন্তশ্চাপানি বিসৃজন্তশ্চ সায়কান্। সৈন্ধবং প্রত্যরক্ষন্ত শাসনাত্তনয়স্য তে ॥৫০॥
ততঃ পার্থস্য শুশ্রাব বাহ্বোর্বলমদৃশ্যত। ইষুধ্যোরক্ষয়ত্বঞ্চ ধনুষো গাণ্ডিবস্য চ ॥৫১॥
অস্ত্রৈরস্ত্রাণি সংবার্য্য দ্রৌণেঃ শারদ্বতস্য চ। একৈকং দশভির্বাণৈঃ সর্ব্বানেব সমার্পয়ৎ ॥৫২॥
তং দ্রৌণিঃ পঞ্চবিংশত্যা বৃষসেনশ্চ সপ্তভিঃ। দুর্য্যোধনশ্চ সপ্তত্যা কর্ণশ্চ দশভিঃ শরৈঃ ॥৫৩॥
ত এনমভিগর্জন্তো বিধ্যন্তশ্চ পুনঃ পুনঃ। বিধুন্বন্তশ্চ চাপানি সর্ব্বতঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥৫৪॥
শ্লিষ্টঞ্চ সর্ব্বতশ্চক্রু রথমণ্ডলমাশু তে। সূর্য্যাস্তমনমিচ্ছন্তস্ত্বরমাণা মহারথাঃ ॥৫৫॥
ত এনমভিনর্দ্দন্তো বিধুন্বানা ধনূংষি চ। সিষিচুর্মার্গণৈস্তীক্ষ্ণৈর্গিরিং মেঘা ইবাম্বুভিঃ ॥৫৬॥

---

লিশিংলিশিং অর্জ্জুন তম্না কাপশিল্লকই ॥৪৫॥ কল্লবা, লান্দা লাকঙম ফাঙমত্রবা অর্জ্জুননা য়েক্লবশিংগী অহুক য়াম্ব তেনশিং অহুবু মতেক্ অনীনী অহুমহুম্ খোক্ল ককথৎলগ। থারকলিবশিং অহুদা মীপুম থীৎনা অকন্‌বা চৈন। পীখি ॥৪৬॥ মহারাজ। মতম্ অসিদা কৃপাচার্য্যনা মশাগী শক্তি অহুগা বিদ্ধাবু উৎকে হায়বগী মতাঙম্ নোংশা মমৈ য়েকপা-ফিরাল থেৎপা রথ অহুদা তোংখৎতুনা ময়াম্ মরক্তগী চথোরকতুনা অর্জ্জুনবু থিংব হৌই ॥৪৭॥ মহাক্না তেল তরান। অর্জ্জুনদা তরেৎনা কৃষ্ণদা থারকই। অহুদগী জয়দ্রথবু কন্‌গে হায়দুনা অর্জ্জুনগী মাঙদা চপ লেপখি ॥৪৮॥ অহুম তৌরিভৌদা কৌরব লাঙ্মী ঙম্নফ্রা মায়গৈ পুম্বদগী হোচ্ছিল্লকতুনা অর্জ্জুনবু কোয়শিল্লরে ॥৪৯॥ মহারাজ! মখোয় অসিনা নচা ইবুঙো দুর্য্যোধনগী য়াথঙগী মায়কৈ মখিদ লেপতুনা, মাগী মাগী লীরুংদা তেঙ্গা খোং-খোংদুনা জয়দ্রথবু কোয়শিন্দুনা ঙাকশেন্দুনা লৈখি ॥৫০॥

মতম্ অসিদা অর্জ্জুনগী মপান্বোম্‌গী শক্তিবু অহুগা মহাক্কী তেন্দোং অনীগা লীরুংনচিংবা খুৎলায়শিংসিগী অমাঙ্‌অতা লৈতবা গুণ অমদি অমনা ককপা য়াদবা হায়বদু ময়াম্না শংশংনা উনখি ॥৫১॥ অর্জ্জুননা অশ্বত্থামাগা কৃপাচার্য্যগা অনীবু খিংদুনা থম্নগা অকন্‌বশিং অহুদা মী-পুম্‌থীৎনা তেল্ তরাতরানা কম্ন থাখি ॥৫২॥ মতম্ অহুদা অশ্বত্থামানা তেলকুম্নঙা, বৃষসেননা তরেৎ, দুর্য্যোধননা হুম্ফূতরা, কর্ণনা তেল্ তরা শতুনা অর্জ্জুনদা থারক্ই ॥৫৩॥ মখোয়শিং অসিনা লাউরলাউরদুনা লীরী থীংল থীংলদুনা অর্জ্জুনগী অকোয়বদা খোংকম্ লেঙদনা লেপ্তুনা লৈখি ॥৫৪॥ মখোয় অসিনা গুমিং তাবদুত ঙাইদুনা খুকাপথুনা অর্জ্জুনদা মনম্ মনম্ কাপশিল্লকতুনা ক্রকক্রেক তকশিন ঈঞ্জিল্লরকলে ॥৫৫॥ মখোয় অসি ঙংলদুনা লাউরতনা, লীরী থীংলদুনা নোংনঈশিং মরী মরীনা চীঙমায়দা হৈথরকপগুম্ থৌরথৌরবা তেম্না অর্জ্জুনদা কাপশিল্-থাজিল্লকলে ॥৫৬॥

তে মহাস্ত্রাণি দিব্যানি তত্র রাজন্ ব্যদর্শয়ন্। ধনঞ্জয়স্য গাত্রেষু শূরাঃ পরিবর্ষবঃ ॥৫৭॥
তং কর্ণঃ সংযুগে রাজন্। প্রত্যবারয়দাশুগৈঃ। মিষতো ভীমসেনস্য সাত্বতস্য চ ভারত। ॥৫৮॥
তং পার্থো দশভির্বাণৈঃ প্রত্যবিধ্যদ্রণাজিরে। সূতপুত্রং মহাবাহুঃ সর্ব্বসৈন্যস্য পশ্যতঃ ॥৫৯॥
সাত্বতশ্চ ত্রিভির্ব্বাণৈঃ কর্ণং বিব্যাধ মারিষ।। ভীমসেনস্ত্রিভিশ্চৈব পুনঃ পার্থশ্চ সপ্তভিঃ ॥৬০॥
তান্ কর্ণঃ প্রতিবিব্যাধ ষষ্ট্যা ষষ্ট্যা মহারথঃ। তদ্যুদ্ধমভবদ্রাজন্। কর্ণস্য বহুভিঃ সহ ॥৬১॥
তত্রাদ্ভুতমপশ্যাম সূতপুত্রস্য মারিষ।। যদেকঃ সমরে ক্রুদ্ধস্ত্রীন্ রথান্ প্রত্যবারয়ৎ ॥৬২॥
ফাল্গুনস্তু মহাবাহুঃ কর্ণং বৈকর্ত্তনং রণে। সায়কানাং শতেনৈব সর্ব্বমর্ম্মস্বতাড়য়ৎ ॥৬৩॥
রুধিরোক্ষিতসর্ব্বাঙ্গঃ সূতপুত্রঃ প্রতাপবান্। শরৈঃ পঞ্চাশতা বীরঃ ফাল্গুনং প্রত্যবিধ্যত।
তস্য তল্লাঘবং দৃষ্ট্বা নামৃষ্যত রণেঽর্জ্জুনঃ ॥৬৪॥
ততঃ পার্থো ধনুশ্ছিত্ত্বা বিব্যাধৈনং স্তনান্তরে। সায়কৈর্নবভির্বীরস্ত্বরমাণো ধনঞ্জয়ঃ ॥৬৫॥
বধার্থং তস্য সমরে সায়কং সূর্য্যবর্চ্চসম্। চিক্ষেপ ত্বরয়া যুক্তস্ত্বরাকালে ধনঞ্জয়ঃ ॥৬৬॥
তমাপতন্তং বেগেন দ্রৌণিশ্চিচ্ছেদ সায়কম্। অর্দ্ধচন্দ্রেণ তীক্ষ্ণেন ভিন্নঃ প্রাপতদ্ভুবি ॥৬৭॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় সূতপুত্রঃ প্রতাপবান্। সায়কৈর্ব্বহুসাহস্রৈশ্ছাদয়ামাস পাণ্ডবম্ ॥৬৮॥

---

মলাম্বোম্না য়োচ্চুক অমমম্ঙম্ চাউরবা অকন্বশিং অসিনা মান। মানা হৈজবা খঙজবা খুৎলায়শিং অমুবু অদুগা লাইগী খুৎলায় কাওবা অর্জ্জুনদা শীজিন্নরক্লে ॥৫৭॥ ভরতনন্দন মহারাজ! কর্ণনা ভীমসেন-সাত্যকিগী মাঙ্মক্তদা অর্জ্জুনগী মশাপুম্বা তেল্ল পুমমোম্ য়োমখনুক্লে অর্জ্জুনবু কর্ণনা লানদা থিংখনা থম্লে ॥৫৮॥ মতম্ অদুদা কল্লবা অর্জ্জুননা অকন্বা খুাইদগী মমাঙদা কর্ণদা থৌরব তেলতরানা কপ্পখি ॥৫৯॥ ইকায় খুম্নবগী মশক ওইরবা মহারাজ! সাত্যকিনা অহুম্, ভীমসেননা অহুম্, অর্জ্জুননা অমুক তেল তরেৎ শন্থনা কর্ণদ থাখি ॥৬০॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা মহারথী কর্ণনা তেল হুমফু-হুমফুনা মথোয় অমমম্দা থাখি। অদুদগীদি কর্ণ মথক্তগা অকনবা মরামদুগা কম্ব থেংনখি ॥৬১॥ ইকায় খুম্নবগী মশক ওইরবা মহারাজ! অউবা পুম্নমক্তা কর্ণগী মপাঙ্গল্ অমদি লান্দা হৈশিংবত্ত মরেক লানা উনখি। মরুম্দি শাউরবা কর্ণ মথক্তনা কল্লবা রথী অহুমগা থেংনখি ॥৬২॥ অদুদগী অর্জ্জুননা থৌরবা তেল চামন কর্ণগী খজীন্দ কপ্প থাখি ॥৬৩॥

মতম্ অসিদা কর্ণগী মশাপুম্বা ঈহং নাইহং শাখি। অদুম ওইনমক্ মতীক মগুণ চাউরবা কর্ণনা তেল য়াখেনা অর্জ্জুনদ থাখি। কর্ণগী মখুৎ থুবত্ত উবদা অর্জ্জুন অসি খাঙহুনা লৈবা ওমকক্লে ॥৬৪॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুননা কর্ণগী লীরুং অত্থু ককথত্থনা থুনা য়াঙনা থৌরবা তেল মাপন্না কর্ণগী খজীন্দ থাখি ॥৬৫॥ অদুদগী অর্জ্জুননা কর্ণবু মহাৎলগে হায়রবগী মতাঙম্ সুমিৎকী মতৌঙম্ থেজ লৈরবা তেল অমনা কর্ণ তম্না কাপ্শিংল্লকই ॥৬৬॥ তেল অদুনা কল্লা পাইশিল্লকপা মতমদা কর্ণনা থামচেৎশাবা তেল অমনা অর্জ্জুনগী তেল অদুবু ককথৎহুনা থাদখি। তেল অদু লৈমায়থক্ত মতেক অনীথোক্লা তেক্কুনা তাই ॥৬৭॥ অদুগী মতীকমগুণ

তাং পাণ্ডবেনেষুময়ীং কর্ণচাপসমুত্থিতাম্ । ব্যধমৎ সায়কৈঃ পার্থঃ শলভানিব মারুতঃ ॥৬৯॥
ছাদয়ামাস স চ তং সায়কৈরর্জ্জুনো রণে । পশ্যতাং সর্ব্বসৈন্যানাং দর্শয়ন্ পাণিলাঘবম্ ॥৭০॥
কর্ণোঽপি বিবৃতাং হত্বা ছাদয়ামাস ফাল্গুনম্ । সায়কৈর্ব্বহুসাহস্রৈঃ কৃতপ্রতিকৃতেপ্সয়া ॥৭১॥
তৌ বৃষাবিব নদন্তৌ নরসিংহৌ মহারথৌ । সায়কৌঘপ্রতিচ্ছন্নং চক্রতুঃ খমজিহ্মগৈঃ ।
অদৃশ্যৌ চ শরৌঘৈস্তৌ নিঘ্নতামিতরেতরম্ ॥৭২॥
কর্ণ ! পার্থোঽস্মি তিষ্ঠস্ব কর্ণোঽহং তিষ্ঠ ফাল্গুন ! ।
ইত্যেবং তর্জ্জয়ন্তৌ তৌ বাক্‌শল্যৈস্তুদতাং তদা ॥৭৩॥
যুধ্যতাং সমরে বীরৌ চিত্রং লঘু চ সুষ্ঠু চ । প্রেক্ষণীয়াবভবতাং সর্ব্বযোধসমাগমে ॥৭৪॥
প্রশস্যমানৌ সমরে সিদ্ধচারণপন্নগৈঃ । অযুধ্যেতাং মহারাজ ! পরস্পরবধৈষিণৌ ॥৭৫॥
ততো দুর্য্যোধনো রাজংস্তাবকানভ্যভাষত । যত্তা রক্ষত রাধেয়ং নাহত্বা সমরেঽর্জ্জুনম্ ।
নিবর্ত্তিষ্যতি রাধেয় ইতি মামুক্তবান্ বৃষঃ ॥৭৬॥
এতস্মিন্নন্তরে রাজন্ ! দৃষ্ট্বা কর্ণস্য বিক্রমম্ । আকর্ণমুক্তৈরিষুভিঃ কর্ণস্য চতুরো হয়ান্ ।
অনয়ৎ প্রেতলোকায় চতুর্ভিঃ শ্বেতবাহনঃ ॥৭৭॥

---

মখোনা লৈরবা কর্ণনা অতোপ্পা তীরুং অম পায়খত্তুনা তেল লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইহনা অর্জ্জুনদা কাপ্‌শিল্লকই ॥৬৮॥ মতম্ অদুদা ভুংশিংনা কৌজেং মপৈ-মপৈ হুমদোকখিবগুম্ অর্জ্জুননা তেল অমতনা অহক য়াম্বা, কর্ণনা কাপ্‌লকপা তেল মপৈ অদুবু মশক্ উদমখৈ মাংহনখি ॥৬৯॥ অর্জ্জুননা মাগী মখুৎ থুবা হৈশিংবদুবু মীয়াম্‌দা উত্তুনা তেন্তনা কর্ণবু পুমমোম্ য়োম্‌হনখ্রে ॥৭০॥ অদুদগী য়েক্নবা ওম্বা কর্ণসু অর্জ্জুননা তৌরকলিবদুগী লমনখুম্‌গে হায়হনা তেল লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইদুনা অর্জ্জুনদা কাপশিল্লকলে ॥৭১॥ হৈবকন্‌বা মাম্ন-রবা, নিপা অথোইবা কর্ণ অর্জ্জুন অনী অসি চাউরবা কাও অনীনা ভুংহনা মুরাক্কনা হাইজিন্নবহুগুম্না মুখামুখি ওইনা কেপ্প্রদুনা অতিয়া মকোয় অদু মখোয় অনীনা তেন্তনা পুমকুপ্‌ কুপ্‌শিলহনখ্রে। তেলশিং অদু মশক ইউ উবক্‌দনা নোংমদোম্বক্ত অমগমগ কয়হনা লৈমায়থক্ত মকুপ্‌ তানা তানা তায়কই ॥৭২॥ অনী অসি অমগমগ "কর্ণ! ঐ অর্জ্জুননি খাওজু!," "হৈ অর্জ্জুন! ঐ কর্ণনি খাওজু" হায়না থীনা থীনা হায়নদুনা অয়াকপা রাহৈগী মশক ওইরবা তাশোম্না মাগী মাগী থম্মোয় অদু থিন্‌গাইনখি ॥৭৩॥ লান্দা হৈরবা অকনবা অনীসিনা মাগী মাগী অকিবগী মশক্ ওইরবা কজরবা বিদ্যা অদু পুথোক্লহনা লালকম অদুদা তিল্লিবা মীয়াম্‌দগী মীৎকী কুম্মৈ অম ওইনা থোক্কই ॥৭৪॥ মহারাজ! অমনা অমবু ওমগে হাৎকে খন্নবা অনীসিনা কন্না শোক্নরক্লবা মতমসিদা নোংমদোনৎক্ত কুম্মৈ য়েংলিবা, গন্ধর্ব্ব, সিদ্ধসাধ্য, চারণ অসিপুম্নমক্না, লিশিংনা, অকন্‌বা অনীসিবু হন্না হন্না থাগৎখি ॥৭৫॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা দুর্য্যোধননা লাম্মী মন্নাংদা অসুম্না লাউরকই :— "অকনবশা! ময়াম্না য়াম্না কন্না চ্যেকশিন্না কর্ণবু ঙাকশেন্দুনা থম্বিয়ু। ওসিদি কর্ণ অসি মাগী য়েক্নবা অর্জ্জুনবু হাৎতনা হল্লকলোই হায়না ঐঙোন্দা হায়রম্মি—" —॥৭৬॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা অর্জ্জুননা কর্ণগী মপাঙ্গল মথোনা চুবু উবদা অশাউবগা

সারথিঞ্চাস্য ভল্লেন রথনীড়াদপাতয়ৎ। ছাদয়ামাস চ শরৈস্তব পুত্রস্য পশ্যতঃ॥৭৮॥
স চ্ছাদ্যমানঃ সমরে হতাশ্বো হতসারথিঃ। মোহিতঃ শরজালেন কর্ত্তব্যং নাভ্যপদ্যত॥৭৯॥
তং তথা বিরথং দৃষ্ট্বা রথমারোপ্য তং তদা। অশ্বত্থামা মহারাজ! ভূয়োঽর্জ্জুনমযোধয়ৎ॥৮০॥
মদ্ররাজশ্চ কৌন্তেয়মবিধ্যত্ত্রিংশতা শরৈঃ। শারদ্বতস্তু বিংশত্যা বাসুদেবং সমার্পয়ৎ॥৮১॥
ধনঞ্জয়ং দ্বাদশভিরাজঘান শিলীমুখৈঃ। চতুর্ভিঃ সিন্ধুরাজশ্চ বৃষসেনশ্চ সপ্তভিঃ।
পৃথক্ পৃথঙ্‌ মহারাজ! বিব্যধুঃ কৃষ্ণপাণ্ডবৌ॥৮২॥
তথৈব তান্ প্রত্যবিধ্যৎ কুন্তীপুত্রো ধনঞ্জয়ঃ। দ্রোণপুত্রং চতুঃষষ্ট্যা মদ্ররাজং শতেন চ॥৮৩॥
সৈন্ধবং দশভির্ব্বাণৈর্বৃষসেনং ত্রিভিঃ শরৈঃ। শারদ্বতঞ্চ বিংশত্যা বিদ্ধ্বা পার্থো ননাদ হ॥৮৪॥

(যুগ্মকম্)

তে প্রতিজ্ঞাপ্রতীঘাতমিচ্ছন্তঃ সব্যসাচিনঃ। সহিতাস্তাবকাস্তূর্ণমভিপেতুর্ধনঞ্জয়ম্॥৮৫॥

অথার্জ্জুনঃ সর্ব্বতো বারুণাস্ত্রং প্রাদুশ্চক্রে ত্রাসয়ন্ ধার্ত্তরাষ্ট্রান্।
তং প্রত্যুদীয়ুঃ কুরবঃ পাণ্ডুপুত্রং রথৈর্মহার্হৈঃ শরবর্ষাণ্যবর্ষন্॥৮৬॥
ততস্তু তস্মিংস্তুমুলে সমুত্থিতে সুদারুণে ভারত! মোহনীয়ে।
নামুহ্যত প্রাপ্য স রাজপুত্রঃ কিরীটমালী বিসৃজন্ শরৌঘান্॥৮৭॥

---

জোটননা শীরিবু নাকোং মরু য়োনা চিংডুনা থোরবা তেল মরিনা কর্ণগী শগোল্ মরিহ মথ্‌ৎহাই লৌখি॥৭৭॥ অদুদগী অর্জ্জুননা অমুক্ তামচীনশাবা তেল অমনা কর্ণগী সারথীবুসু রথদগী লৈমায়থক্ত তুহন্‌খি। দুর্য্যোধনগী মাঙ্‌মক্তদা তেল্তনা কর্ণবু পূময়োম্ য়োমহনখ্রে॥৭৮॥ শগোলগা সারথিগা অনীবু হাৎখিবদা অদুগা মশাস্থু তেন্না পূময়োম্ য়োম্‌খিবদুদ কর্ণ অসি মতম অসিদা তৌকম খঙ্‌দ্রে॥৭৯॥ মহারাজ! মতম অসিদা কর্ণনা রথ য়াওনা লৈবহু উবদা অশ্বত্থামানা কর্ণবু মাগী রথ মথক্ত থাংগত্তুনা অর্জ্জুন মথন্তগা লোক্রবা তৌখি॥৮০॥ অদুম তৌরিঙৈ শল্যনা তেল কুন্থ্‌রা, কৃপাচার্য্যনা তেল কুন্‌ শৎতুনা অর্জ্জুনদা থাখি॥৮১॥ অদুদগী অমুকসু কৃপাচার্য্যনা তেল তরানিথোই, বৃষসেননা তরেং শৎতুনা অর্জ্জুনদা থাখি, অদুদগী মখোয় ময়ামনা অকোয়বদা লেপতুনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্ত কয় কয়া থাজিন কাপ্‌শিনবা হৌরক্লে॥৮২॥ মতম অদুদা কুন্তীনন্দন অর্জ্জুনসু মখোয় ময়াম অদুদা মীপূমথিৎনা থারকই। অর্জ্জুননা তেল হুমফুময়িনা অশ্বত্থামাদা চামনা শল্যদা, তরানা জয়দ্রথদা. অহুমা বৃষসেনদা অহুগা কুমা কৃপাচার্য্যদা তোঙাল তোঙাল থারগা সিংহনাদ কয়া লাউরকই॥৮৩-৮৪॥ অদুদগীদি মহারাজ! কৌরব লাম্মী পূম্নমক্না অর্জ্জুনবু হাৎলগে হায়না খনখিডুনা অর্জ্জুনলোমদা ফুজিল্লকই॥৮৫॥ অদুদগীদি অর্জ্জুননা কৌরব লাম্মী পূম্নমক অদুগী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোকহল্লগে হায়না থন্দুনা বরুণাস্ত্র শীজিন্নরকই। অদুম ওইনমক কৌরবলাম্মীশিং অদুনা, কঙ্গরবা মমল য়াম্রবা মাগী মাগী রথ অদুদা তোংখৎতুনা অর্জ্জুনগী মথক্ত তেল্তনা নোং চুবগুম্ হৈখরক্লে॥৮৬॥

ভরতনন্দন! অকিবগী মশক্ ফংলবা খুংলায়শিং অসিনা মপৈ মপৈ হাইজিন্নহুলবহু ফাওবদা অর্জ্জুন অসি থোইনা নাচুংবিদে। অহোয়নফম; তেলশিংশিং লিশিং মখোয়য়োম্‌দা

রাজ্যপ্রেপ্সুঃ সব্যসাচী কুরূণাং স্মরন্ ক্লেশান্ দ্বাদশবর্ষবৃত্তান্।
গাণ্ডীবমুক্তৈরিষুভির্মহাত্মা সর্ব্বা দিশো ব্যাবৃণোদপ্রমেয়ঃ ॥৮৮॥
প্রদীপ্তোল্কমভবচ্চান্তরীক্ষং যুতেষু দেহেষ্বপতন্ বয়াংসি।
যৎ পিঙ্গলজ্যেন কিরীটমালী ক্রুদ্ধো রিপূনাজগবেন হন্তি ॥৮৯॥
কিরীটমালী মহতা মহাযশাঃ শরাসনেনাস্য শরাননীকজিৎ।
হয়প্রবেকোত্তমনাগধূর্গতান্ কুরুপ্রবীরানিষুভির্ন্যপাতয়ৎ ॥৯০॥
গদাশ্চ গুর্ব্বীঃ পরিঘানয়স্ময়ান্ অসীংশ্চ শক্তীশ্চ রণে নরাধিপাঃ।
মহান্তি শস্ত্রাণি চ ভীমদর্শনাঃ প্রগৃহ্য পার্থং সহসাভিদুদ্রুবুঃ ॥৯১॥
ততো যুগান্তাভ্রসমস্বনং মহন্মহেন্দ্রচাপপ্রতিমং স গাণ্ডিবম্।
চকর্ষ দোর্ভ্যাং বিহসন্ ভৃশং যযৌ দহংস্তদীয়ান্ যমরাষ্ট্রবর্দ্ধনঃ ॥৯২॥
স তান্নুদীর্ণান্ সরথাশ্ববারণান্ পদাতিসংঘাংশ্চ মহাধনুর্দ্ধরঃ।

---

কয় কাপশিল্লকই ॥৮৭॥ মতম অসিদা অর্জ্জুন অসি, মমাঙৈদা কৌরবশিংনা মীগী লৈপাক পান্থিবা, অহুগা মরান লৈত্রবা মখোয় পাণ্ডব মঙানা বনদা চহি তরানিথোই অরাবা খাংথিবা—অসিপুম্বসি নীঙশিংঙবত্তুনা গাণ্ডীবদগী তেলশিংশিং লিশিং, লখালখা পাইথোক-হল্লকতুনা কৌরবলান্মীশিংতুগী থম্মোয়দা অরাবা-অকিবা-মিপাইবা পোকহন্দুনা তেন্তনা মায়গৈ পুম্বা পুমযোম্-য়োমহনখ্রে ॥৮৮॥ মতম অসিদা অর্জ্জুননা মহাদেবগী মেমান্বা মচুগী পিনাক কৌবা লীরুং অহুগী মতৌগুম্বা গাণ্ডীব লীরুং অহুগী পাম্বৈনা য়েক্লবা লখা লখাবু হাৎলিঙৈ মতমসিমক্তদা শাহিং চাবা শা উচেকশিংনা অশিবা হকচাংশিং অহুগী মথক্ত তোংলৈ। নোংমদোস্থক্তা শাঙাইশেল কয়া কয়া পাইখি ॥৮৯॥ অহুগী তুংদা কল্লবা, অর্জ্জুননা মাগী লীরুং অহু খুহুম্ চেৎনা পায়হুনা, লীরীবু নাকোং মরু কংনা চিংচিংহুনা রাংচাউরবা শগোল-মথক্তা তোংলিবা কৌরবকী বল্ল বল্লবা লান্মীশিং অহুগী মঙক্ ককক্তুনা থাদখি ॥৯০॥ অহুদগী কৌরবপক্ষগী অকিবগী মশক্ কংলবা নিংথৌ-লান্মীশিংনা য়োচ্ছুক, থাঙ-তা, গদা অসিনচিংবা পায়র পাযরহুনা অর্জ্জুনলোমদা কুজিল্লকলে ॥৯১॥ মতম্ অহুদা যমরাজগীপ্রজাশীংবু মীকুপ মীকুপ্ত হেনগৎহনবা ঙম্লবা অর্জ্জুননা, করেম্না কাক্—কাক্ নোকতুনা মথুৎ অনী অহুনা, প্রলয়গী নোংখোংবগুম হৌরবা গাণ্ডীব লীরুংবু অহুগা লীরীবু চেৎনা পায়হুনা, ইন্দ্রগী ধনুগুম্বা গাণ্ডীবহুগী লীরীদ্রবু-নাকোং মরু কংনা চিংচিংহুনা, তেল খুদাপ্-খুদাপ্ তেঙ্গা থোংহুনা, কৌরব লান্মীশিংবু হাৎন হাৎনা জয়দ্রথয়োমদা অহমুম্ চঙশিল্লকলি ॥৯২॥ মতৌ অম্মা, লীরুং অচৌবা পায়রবা থোইদোক হেনদোক্লা কল্লবা অর্জ্জুননা শগোল শামু খোঙমী রথী মহারথী

তত্রাদ্ভুতমপশ্যাম কুন্তীপুত্রস্য বিক্রমম্। তাদৃশং ন ভাবী ভূতো বা যচ্চকার মহাযশাঃ ॥৩২॥
দ্বিপান্ দ্বিপগতাংশ্চৈব হয়ান্ হয়গতানপি। তথা সারথিনশ্চৈব জঘন্ রুদ্রঃ পশূনিব ॥৩৩॥
ন তত্র সমরে কশ্চিন্ময়া দৃষ্টো নরাধিপ।। গজো বাজী নরো বাপি যো ন পার্থশরাহতঃ ॥৩৪॥
রজসা তমসা চৈব যোধাঃ সংছন্নচক্ষুষঃ। কশ্মলং প্রাবিশন্ ঘোরং নাভ্যজানন্ পরস্পরম্ ॥৩৫॥
তে শরৈর্ভিন্নমর্ম্মাণঃ সৈনিকাঃ পার্থচোদিতৈঃ। বভ্রমুশ্চস্খলুঃ পেতুঃ সেদুর্ম্মম্লুশ্চ ভারত। ॥৩৬॥
তস্মিন্ মহাভী... প্রজানামিব সংক্ষয়ে। রণে মহতি দুষ্পারে বর্ত্তমানে সুদারুণে ॥৩৭॥
শোণিতস্য প্র... ...দমিলস্য চ। অশাম্যত্তত্রজো ভৌমমস্তৃক্সিক্তে ধরাতলে।
আনাভি নিরমজ্জংশ্চ রথচক্রাণি শোণিতে ॥৩৮॥ ( যুগ্মকম্ )
মত্তা বেগবতো রাজন্। তাবকানাং রণাঙ্গনে। হস্তিনশ্চ হতারোহা দারিতাঙ্গাঃ সহস্রশঃ।
স্বান্যনীকানি মৃদ্নন্ত আর্ত্তনাদাঃ প্রদুদ্রুবুঃ ॥৩৯॥
হয়াশ্চ পতিতারোহাঃ পত্তয়শ্চ নরাধিপ।। প্রদুদ্রুবুর্ভয়াদ্রাজন্। ধনঞ্জয়শরাহতাঃ ॥৪০॥
মুক্তকেশা বিকবচাঃ ক্ষরন্তঃ ক্ষতজং ক্ষিতৌ। প্রাপলায়ন্ত সংত্রস্তাস্ত্যক্ত্বা রণশিরো জনাঃ ॥৪১॥

---

চেন্নথ্রে ॥৩১॥ মতম্ অসিদা অর্জ্জুনগী অঙকৃপা বিস্থা অমবু ময়াম্ন উনখি। অর্জ্জুননা মতম্ অসিদা উৎখিবা বিস্থা অসি মমাঙদস্থু থক উৎখিদ্রি, মতুংদস্থু তৌরকলরোই ॥৩২॥ প্রলয়গী মতম্দা মহারুদ্রনা জীব পান্বা পুম্নমকপু হাৎচিল্লকপস্থগুম্ন অর্জ্জুননা মীকুপ, মীকুপ্তা শামু, শামুতোংব লান্মী, শগোল শগোলতোংব লান্মী, রথী, খোঙমী সারথিশিংবু লিশিং লিশিংনা থুজিং ওয়স্থনা হাৎখি ॥৩৩॥ মতম্ অসিদা অর্জ্জুনগী তেন্না অসিমতংদি পাত্রি থাদ্রি হায়বা শগোল শামু রথী মহারথী সারথি খোঙমী অমত য়াওখিদ্রে ॥৩৪॥ উফুলগা মৈথুগা য়ান্নরবা অমম্বস্থনা কৃপশিলখিবদা কৌরব লান্মী পুম্নমক্ কিবনা নিংদোল্ চেনগুম্ চেনগানথ্রে, চেনকম লাকৃকম্ অমত থঙনখিদ্রে। মখোয় অমগ-মগ শকউনখিদ্রে, মশক্ থঙনখিদ্রে ॥৩৫॥

ভরতনন্দন মহারাজ। অর্জ্জুনগী তেন্নপান্বদা থম্মোয়, থজীন্, মথবাক্, মবুক্ হোগায় খিন্গাইরবা লান্মীশিং অস্থনা অরাঅনাবগী মৈচাক্ল লাউখোংস্থনা, অমগমগ থেংগাইনস্থনা উরুরুরু লৈস্থনা তুপব য়াওখি, লোংনউপ্পা তুথখিবা য়াওরি, তেংথানাওইনা নাহেস্থনা শিঙম্নাঙম্দনা অরাব মৈচাক থাঙবা য়াওরি ॥৩৬॥ মথা তানিংঙাই লৈতনা অকিবগী মশক কংলবা প্রলয়গী মতৌগুম্ন তম্থিরবা লাঞ্জাও অস্থনা অস্নুম্ চথরকলবস্থদা ঈগী ঈরৈকল্লবা ঈচেল অস্থদা উফুল মপৈমপৈস্থনা লূপপ্রবদা, লৈখোম থোক্লবা ঈগী তুরেল অস্থদা মশীং লাকস্তম্দ্রবা রথলিশিংলিশিংনা তংথাই তংথাই পুখস্থনা লৈরি। ॥৩৭॥ মহারাজ। শগোল শামু রথ তোংবা লান্মীশিং অস্থ মখোয়গী মশামউ অস্থ লোয়না ঈহং নাইহং শানথ্রবস্থদা শগোলশামুশিং অস্থনা মখোয়গী মথক্ত তোংলিবা লান্মীশিং অস্থবু থাদস্থনা মখোয়গী মথক্ত নেৎনেস্থনা, লাউখোংদুনা চেন্নরকলে ॥৩৯॥ মহারাজ। অতোংবা মী য়াওদ্রবা বাহনশিং অস্থ অস্থগা অর্জ্জুনগী তেন্না শাথিনা পাল্লবা খোঙমীশিং মথ্নাই পুপুস্থনা মায়গৈ শলাই থঙদনা পঙচেস্ত চেন্নরকলে ॥৪০॥ থরনা মশম্মনা ঈকাকাস্থনা,

উদক্রোশংস্তদান্যোন্যং কেচিত্ত্রাসাদধাবন্ ভুবি । হতানাকাপরে সর্ব্বে ফিরলাগাঃ নিলিলিয়রে ॥৪২॥
এবং তব বলং রাজন্ । ব্যাকুলিত্বা ধনঞ্জয়ঃ । অবধীৎ সায়কৈর্ঘোরৈঃ সিন্ধুরাজস্য রক্ষিণঃ ॥৪৩॥
কর্ণং দ্রৌণিং কৃপং শল্যং বৃষসেনং সুযোধনম্ । ছাদয়ামাস তীব্রেণ শরজালেন পাণ্ডবঃ ॥৪৪॥
ন গৃহ্ণন্ ন ক্ষিপন্ রাজন্ । ন মুঞ্চন্ নাপি সন্দধৎ । অদৃশ্যতার্জ্জুনঃ সংখ্যে শীঘ্রাস্ত্রত্বাৎ কথঞ্চন ॥৪৫॥
ধনুর্মণ্ডলমেবাস্য দৃশ্যতে স্মাস্যতঃ সদা । সায়কাশ্চ ব্যদৃশ্যন্ত নিশ্চরন্তঃ সমন্ততঃ ॥৪৬॥
কর্ণস্য তু ধনুশ্ছিত্বা বৃষসেনস্য চৈব হ । শল্যস্য সূতং ভল্লেন রথনীড়াদপাতয়ৎ ॥৪৭॥
গাঢ়বিদ্ধাবুভৌ কৃত্বা শরৈঃ স্বস্রীয়মাতুলৌ । অর্জ্জুনো জয়তাং শ্রেষ্ঠো দ্রৌণিশারদ্বতৌ রণে ॥৪৮॥
( যুগ্মকম্ )

এবং তান্ ব্যাকুলীকৃত্য ত্বদীয়ান্ স মহারথান্ । উজ্জহার শরং ঘোরং পাণ্ডবোঽনলসন্নিভম্ ॥৪৯॥
ইন্দ্রাশনিসমপ্রখ্যং দিব্যমস্ত্রাভিমন্ত্রিতম্ । সর্ব্বভারসহং শশ্বদ্গন্ধমাল্যার্চ্চিতং মহৎ ॥৫০॥
বজ্রেণাস্ত্রেণ সংযোজ্য বিধিবৎ কুরুনন্দন ! । সমাদধন্মহাবাহুর্গাণ্ডীবে ক্ষিপ্রমর্জ্জুনঃ ॥৫১॥ ( যুগ্মকম্ )
তস্মিন্ সন্ধীয়মানে তু শরে জ্বলনতেজসি । অন্তরীক্ষে মহানাদো ভূতানামভবন্নৃপ ! ॥৫২॥

---

লালফুরিৎনচিংব লালগী কীজোল য়াওদনা, ঐ ও-ওহনা শিঙমনাঙমদনা চেয়রি ॥৪১॥ কনা কনাগুমনা মথকুউ কাংখিল্ তেক্তুনা কায়রনা চৎপচেন্‌বা য়াদহনা খুরুখুদক্ কম্‌থহনা লৈহৌরি কনাকনাগুম্বনা অশিবা, তাহুনা লৈরিবা শামুগী মরুম্‌দা থুপ্তুনা লৈহৌরি ॥৪২॥ মহারাজ ! মতৌ অসুম্না অর্জ্জুননা কৌরবলাম্নীশিংবু পুম্‌চাইচাইনা নৈথায়রগা জয়দ্রথবু ঙাক্‌শেন্দুনা লৈরিবশিং অহুবুস্ন লোইনা হাৎলে ॥৪৩॥ অহুগী তুংদা অর্জ্জুননা থোরবা তেল্‌গী লাংনা কর্ণ, অশ্বত্থামা, কৃপ, শল্য, বৃষসেন অমদি দুর্য্যোধনবু কুপশিন্দুনা থম্‌গ্রে ॥৪৪॥ মহারাজ ! অর্জ্জুননা মতম্ অসিদা কাপলক্‌পসি কয়ম্মতম্‌দ। তেলশংখিব, তেন্নাথোংখিবা, সন্ধানতৌখিবা কাপথোকখিবা করিমতা থঙবা ঙম্নথিদে ॥৪৫॥ মাহুদা তুক্ উবফংবা হায়রবু কোয়রৈলৈনা কাপলকপগী কোয়রপ কোয়না চক্রগী মতৌগুম্না লৈবা লীকং অহুতনি। অহুগা মায়গৈ পুম্বদা পুম্মম্‌মম্না লাংগী মতৌগুম্না লৈরিবা তেলশিং অহুমগা উবা ফংডি ॥৪৬॥ অহুগী তুংদা লালঙম্বগী অথোইবা অর্জ্জুননা কর্ণ অহুগা বৃষসেনগী লীকং ককৃথৎলগা অশ্বত্থামাবু অহুগা মাগী মাম কৃপাচার্য্যবু শাথিনা চৈনা শীরগা, তামচীনশাবা তেল অমনা শল্যশারথিবু রথ মথক্তগী তুহনখি ॥৪৭-৪৮॥ মহারাজ ! মতৌঅসুম্না মহারথীশিং অহুবু নৈহৎতুন থম্রগা মৈগী মতৌগুম চাক্লবা-লংলবা থোরবা তেল অম তেন্নোংদগী শত্তোক্‌লক্ই ॥৪৯॥ কুরুনন্দন মহারাজ ! অহুদগী মপাম্বোম্ চাওরবা কল্লবা অর্জ্জুননা ইন্দ্রগীবজ্রগী মতৌগুম্ন তেজ লৈরবা, লাইগী মন্ত্রশোঙ্খিল্লবা, পুম্মক্‌পু খিন্‌গাইবা ঙম্‌গদবা, মতম্ অয়াম্বদা হৈলৈনাপূজা তৌহনা থম্‌লবা, তেল্ অম থুনয়াঙনা লীরীদতেঙ্গা থোংডি ॥৫০-৫১॥ মহারাজ ! অর্জ্জুননা তেল অহুবু তেন্না থোংহনা চীঙবক্‌পা মতম্‌দা, নোংমদোম্বক্ত লৈরিবা

অব্রবীচ্চ পুনস্তত্র ত্বরমাণো জনার্দ্দনঃ। ধনঞ্জয়! শিরশ্ছিন্ধি সৈন্ধবস্য দুরাত্মনঃ॥৫৩॥
অস্তং মহীধরশ্রেষ্ঠং যিযাসতি দিবাকরঃ। শৃণুষ্বৈতচ্চ কার্য্যং মে জয়দ্রথবধং প্রতি॥৫৪॥
বৃদ্ধক্ষত্রঃ সৈন্ধবস্য পিতা জগতি বিশ্রুতঃ। স কালেনেহ মহতা সৈন্ধবং প্রাপ্তবান্ সুতম্॥৫৫॥
জয়দ্রথমমিত্রঘ্নং তঞ্চোবাচ তদা নৃপম্। অন্তর্হিতা পুরা বাণী মেঘদুন্দুভিনিস্বনা॥৫৬॥

(যুগ্মকম্)

তবাত্মজো মনুষ্যেন্দ্র। কুলশীলদমাদিভিঃ। গুণৈর্ভবিষ্যতি বিভো। সদৃশো বংশয়োর্দ্বয়োঃ।
ক্ষত্রিয়প্রবরো লোকে নিত্যং শূরাভিসৎকৃতঃ॥৫৭॥
শত্রুভির্যুধ্যমানস্য সংগ্রামে ত্বস্য ধন্বিনঃ। শিরশ্ছেৎস্যতি সংক্রুদ্ধঃ শত্রুরালক্ষিতো ভুবি॥৫৮॥
তচ্ছ্রুত্বা সিন্ধুরাজশ্চ ধ্যাত্বা চিরমরিন্দমঃ। জ্ঞাতীন্ সর্বানুবাচেদং পুত্রস্নেহাভিচোদিতঃ॥৫৯॥
সংগ্রামে যুধ্যমানস্য বহতো মহতীং ধুরম্। ধরণ্যাং মম পুত্রস্য পাতয়িষ্যতি যঃ শিরঃ।
তস্যাপি শতধা মূর্দ্ধা ফলিষ্যতি ন সংশয়ঃ॥৬০॥
এবমুক্ত্বা ততো রাজ্যে স্থাপয়িত্বা জয়দ্রথম্। বৃদ্ধক্ষত্রো বনং যাতস্তপশ্চোগ্রং সমাস্থিতঃ॥৬১॥
স তপ্যতে চ তেজস্বী তপো ঘোরং দুরাসদম্। সমন্তপঞ্চকাদস্মাদ্বহির্বানরকেতন।॥৬২॥

---

জীব পূম্নমক্ হাহাকার লাউনখি ॥৫২॥ মতম্ অদুদা কৃষ্ণনা হাথুহাথুনা অর্জ্জুনদা—অর্জ্জুন! থীল্লগনু জয়দ্রথগী মগুক্ কক্লো—" হায়না হায়রকই ॥৫৩॥ "হৌজিক নুমিৎ অসে তারক্লে। জয়দ্রথ হাৎননবগী মরম্ হায়গে মুম্ন তাও ॥৫৪॥ জগৎত্ত কাওরবা বৃদ্ধক্ষত্র হায়বদো জয়দ্রথগী মপানি। মহাক্না মতম্ কুইনা দেবত্তাশিংবু তপস্যাতৌরবা তুংদা মচা জয়দ্রথ হায়বসি ফংখিবনি। মহাক পোক্পা মতম্দা দেবদূতনা মশক্ উহন্দনা, নোংঅমদি স্বর্গগী পুংজাওগী মখোলগুম্ লুম্লবা খোন্থাংনা নিংথৌ বৃদ্ধক্ষত্রদা অস্মু হায়খি ॥৫৫-৫৬॥ "নিপা অখোবা নিংথৌ বৃদ্ধক্ষত্র! নংগী নচাসে, লম্চত্ত, বিদ্যাদা, ইন্দ্রিয়খুৎয়ম্চন্বদা, মমারোম্গী অমদি মপারোম্গী বংশ অনীমক্কী মতীক চাবা নচা অম ওইগনি। ক্ষত্রিয় অচৌবা অম ওইদুনা জগৎত্ত লৈবা অকনবশিংনা সন্মান তৌবা মীশক অম ওইগনি ॥৫৭॥ অদুবু মথুত্ত লীকং পায়দুনা লালফম্দা য়েক্নবশিংপা লালশোক্লদুনা লৈরিঙৈ মতম্দা কনাগুম্বা শাউরবা মাগী য়েক্নবা অমনা উনাউনা মগুক্ কক্খিগনি" ॥৫৮॥ য়েক্নবা ওম্বা, সিন্ধু নিংথৌ বৃদ্ধক্ষত্র দেববাণী অসি তাবদা সুংজাইখিদদুনা মতম্ কুইনা চিন্তা তৌদুনা লৈখি। মচানুংশিবদগী মহাক্না শাগেনাতৈ ময়াম্দা অস্মু হায়খি ॥৫৯॥ "ঐগী ঈচা অসিনা হয়েং অরুম্ব ভার অম পুদুনা, লালফম্দা শোক্নরিঙৈদা মাগী মগুকপু কক্তুনা লৈমায়থক্ত হেকতাহনবা য়েক্নবা মাগী মকোকসু মতম্ অদুমক্তদা শরুক চাম্থোক্ন কায়সত্ম, কায়সু কায়গনি। মসিদা থক্ চিংনকম্ লৈতে!" ॥৬০॥

অসি হায়রম্মগা বৃদ্ধক্ষত্র অসি মচাদা লৈপাক্ সিংহাসন শিন্নরগা বনদা চাইনিংবা চৎখি ॥৬১॥ "কপিধ্বজ অর্জ্জুন! হৌজিক কাও বৃদ্ধক্ষত্র হায়বদু সমন্তপঞ্চক হায়বা তীর্থ অদদা

তস্মাজ্জয়দ্রথস্য ত্বং শিরশ্ছিত্ত্বা মহাযুধে। দিব্যেনাস্ত্রেণ রিপুহন্! ঘোরেণাদ্ভুতকর্ম্মণা ॥৬৩॥
সকুণ্ডলং সিন্ধুপতেঃ প্রভঞ্জনসুতানুজ।। উৎসঙ্গে পাতয়াস্বাশু বৃদ্ধক্ষত্রস্য ভারত। ॥৬৪॥
(যুগ্মকম্)

অথ ত্বমস্য মূর্দ্ধানং পাতয়িষ্যসি ভূতলে। তবাপি শতধা মূর্দ্ধা ফলিষ্যতি ন সংশয়ঃ ॥৬৫॥
যথা চেদং ন জানীয়াৎ স রাজা তপসি স্থিতঃ। তথা কুরু কুরুশ্রেষ্ঠ। দিব্যমস্ত্রমুপাশ্রিতঃ ॥৬৬॥
নহ্যসাধ্যমকার্য্যং বা বিদ্যতে তব কিঞ্চন। সমস্তেষ্বপি লোকেষু ত্রিষু বাসবনন্দন! ॥৬৭॥
এতচ্ছ্রুত্বা তু বচনং সৃক্কণী পরিসংলিহন্। ইন্দ্রাশনিসমস্পর্শং দিব্যমন্ত্রাভিমন্ত্রিতম্ ॥৬৮॥
সর্ব্বভারসহং শশ্বদ্গন্ধমাল্যার্চ্চিতং শরম্। বিসসর্জ্জার্জ্জুনস্তূর্ণং সৈন্ধবস্য বধে ধৃতম্ ॥৬৯॥
(যুগ্মকম্)

স পর্ব্বভুজনির্ম্মুক্তঃ শরঃ শ্যেন ইবাশুগঃ। ছিত্ত্বা শিরঃ সিন্ধুপতেরুৎপপাত বিহায়সম্ ॥৭০॥
তচ্ছিরঃ সিন্ধুরাজস্য শরৈরূর্দ্ধমবাহয়ৎ। যোধয়ামাস তাংশ্চৈব পাণ্ডবঃ ষণ্মহারথান্ ॥৭১॥
ততঃ সুমহদাশ্চর্য্যং তত্রাপশ্যাম ভারত।। সমন্তপঞ্চকাদ্বাহ্যং শিরো যদ্ব্যহরত্ততঃ ॥৭২॥
এতস্মিন্নেব কালে তু বৃদ্ধক্ষত্রো মহীপতিঃ। সন্ধ্যামুপাস্তে তেজস্বী সম্বন্ধী তব মারিষ! ॥৭৩॥

---

অকনবা তপস্যা তৌদুনা লৈরি ॥৬২॥ মরম্ অদুনা য়েক্লবা হাৎতুম্বা, ভীমসেনগী মনাও অর্জ্জুন। অকিবগী মশক ফংবা, তৌদেম্ থবক্ পাণ্ডথোক্পা তুম্বা তেল অমনা জয়দ্রথগী মত্তক্ অসি কক্লগা, কুণ্ডলনাইম্নচিংবা লৈতেংগা লোয়নরবা মকোক অসি আ বনদা তপস্যা তৌদুনা লৈরিবা মপা বৃদ্ধক্ষত্রগী মতমপাক্ত তাহল্লু" ॥৬৩-৬৪॥ অদুগা নংনা করিগুম্বা মাগী মকোক্ অসিবু লৈমায়থক্ত তাহনবনা হানগ্রবদি নংগী নকোক্স্ত শরুক চাম থোক্ক কায়গনি ॥৬৫॥ অদুনা পাণ্ডব অথোইবা অর্জ্জুন। থৌদোক অসি মপাদুনা কাওবা খঙখিদনবা নংনা অঙকপা, লাইগী ওইবা খুৎলায় শীজিন্নৌ ॥৬৬॥ "ইন্দ্রনন্দন! অর্জ্জুন। ময়োল অহুম অসিদা নংনা ঙম্মোইদোবা থবক্ অমত লৈতে" ॥৬৭॥ কৃষ্ণগী য়াসি তাবদা অর্জ্জুননা মচীনবান লেক্তুনা, ময়া ক্রেক-ক্রেক চীক্তুনা, ইন্দ্রগী বজ্রগা মান্নরবা, দিব্যমন্ত্র শোল্লবা, তৌদেম্দব থবক পূম্ব তৌঙম্বা, মতম কুইনা থূপথাউমৈ হে লৈনা পূজা তৌদুনা থম্নকলিবা, জয়দ্রথবু হাৎকে হায়দুনা সন্ধান তৌরিবা তেল্ অদু জয়দ্রথ তম্ন কাপথোকখি ॥৬৮-৬৯॥ অর্জ্জুনগী লীরীদগী পাইথোকখিবা তেল অদুনা খুণ্ডগী মতৌগুম্না য়াঙনা শাফু কম্ন পাইশিল্লক্তুনা জয়দ্রথগী মত্তক অদু কক্লগা নোংমদোম্বক্ত পাইখৎখি ॥৭০॥ অদুদগী অর্জ্জুননা অমুক কাপথোরকপা তেল খরনা লৈপাক তাদ্রিবা হকচাংদা অদুম্ কেন্দনা লৈরিবা মকোক অদুবু পুখৎখিদুনা নোংমদোন্দা পাইখৎখি। অদুদগী অর্জ্জুননা ঙনশিল্লক্তুনা কর্ণ কৃপ, শল্য, দুর্য্যোধন, অশ্বথামা, বৃষসেন হায়রিবা মহারথী তরুক্ অসিগা অমুক কম্ন থেংনখি ॥৭১॥ ভরতনন্দন। মহারাজ। অর্জ্জুনগী অঙকপা, ময়াম্ন উনখিবা থবক্ হায়ববু, তেল ময়াম তদ্রুনা জয়দ্রথগী মকোক্ অদুবু লাল্ফমদগী সমন্তপঞ্চক হায়বা তীর্থ অদু তাম্ন পুদুনা পাইখি ॥৭২॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ। মতম্ অসিদা বৃদ্ধক্ষত্র অসি

উপাসীনস্য তস্যাথ কৃষ্ণকেশং সকুণ্ডলম্। সিন্ধুরাজস্য মূর্দ্ধানমুৎসঙ্গে সমপাতয়ৎ ॥৭৪॥
তস্যোৎসঙ্গে নিপতিতং শিরস্তচ্চারুকুণ্ডলম্। বৃদ্ধক্ষত্রস্য নৃপতেরলক্ষিতমরিন্দম ॥৭৫॥
ততো জীতস্য তস্যাথ বৃদ্ধক্ষত্রস্য ভারত। প্রোত্তিষ্ঠতস্তৎ সহসা শিরোঽগচ্ছদ্ধরাতলম্ ॥৭৬॥
ততস্তস্য নরেন্দ্রস্য পুত্রমূর্দ্ধনি ভূতলম্। গতে তস্যাপি শতধা মূর্দ্ধাগচ্ছদরিন্দম ॥৭৭॥
ততঃ সর্ব্বাণি সৈন্যানি বিস্ময়ং জগ্মুরুত্তমম্। বাসুদেবশ্চ বীভৎসুং প্রশশংস মহারথম্ ॥৭৮॥
ততো বিনিহতে রাজন্! সিন্ধুরাজে কিরীটিনা। তমস্তদ্বাসুদেবেন সংহৃতং ভরতর্ষভ ॥৭৯॥
পশ্চাজ্জ্ঞাতং মহীপাল! তব পুত্রৈঃ সহানুগৈঃ। বাসুদেবপ্রযুক্তেয়ং মায়েতি নৃপসত্তম ॥৮০॥
এবং স নিহতো রাজন্! পার্থেনামিততেজসা। অক্ষৌহিণীরষ্ট হত্বা জামাতা তব সৈন্ধবঃ ॥৮১॥
হতং জয়দ্রথং দৃষ্ট্বা তব পুত্রা নরাধিপ। দুঃখাদশ্রূণি মুমুচুর্নিরাশাশ্চাভবন্ জয়ে ॥৮২॥
ততো জয়দ্রথে রাজন্! হতে পার্থেন কেশবঃ। দধ্মৌ শঙ্খং মহাবাহুরর্জ্জুনশ্চ পরন্তপঃ ॥৮৩॥
ভীমশ্চ বৃষ্ণিসিংহশ্চ যুধামন্যুশ্চ ভারত। উত্তমৌজাশ্চ বিক্রান্তঃ শঙ্খান্ দধ্মুঃ পৃথক্ পৃথক্ ॥৮৪॥
শ্রুত্বা মহান্তং তং শব্দং ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ। সৈন্ধবং নিহতং মেনে ফাল্গুনেন মহাত্মনা ॥৮৫॥
ততো বাদিত্রঘোষেণ স্বান্ যোধান্ পর্য্যহর্ষয়ৎ। অভ্যবর্ত্তত সংগ্রামে ভারদ্বাজং যুযুৎসয়া ॥৮৬॥

---

তীর্থ অদুদা সন্ধ্যা উপাসনা তৌদুনা মমীৎ উইশিন্দুনা লৈরম্মি ॥৭৩॥ অদুম্না লৈরিবৈ মতম্ অদুদা, মশম্ মুশিনমুনা তৌরবা, কুণ্ডলনাইনপা লোয়নরবা জয়দ্রথগী কোক্ অদুনা মমীৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌদুনা লৈরিবা বৃদ্ধক্ষত্রগী মতম্বাক্ত তাখি ॥৭৪॥ মহারাজ! নীওশিজরবা কুণ্ডলনাইম্না লৈতেংলবা, মুরব শম্জোইনস্তু নীওখিজরবা কোক অদু কদোমদগীনো খঙহৌদনা নিংথৌদুগী মতম্বাক্ত তাথ্রেদো ॥৭৫॥ হেক্ তাব মতমম্নমক্তদা অকিং অকাই ওইনা, থংগ্রেক থংনা, বৃদ্ধক্ষত্র অসি ফুক হেক হৌগংলি। হেক হৌগংপদা কোক অদু লৈমায়থক্ত পোপ হেক তাই ॥৭৬॥ মহারাজ! ওক অদুনা লৈপাক্ত হেক তাবদা বৃদ্ধক্ষত্র কৌবা নিংথৌ অদুগী মকোক অদু চায থোক্লা কায়খি ॥৭৭॥ মাদু উবদা মক্ম্ অদুনা লৈবা মীপুম্নমক্না ঙকখি। অসোম্দা কৃষ্ণনস্তু অর্জ্জুনবু থাগৎখি ॥৭৮॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা নিংথৌ! অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎলবদুগী তুংদা কৃষ্ণনা নুমিৎপু কূপতুনা থম্বা অমম্বদু হাইদোকহনখি ॥৮৯॥ নিংথৌ অথোইবা! মতৌ অসি উবদা নচাঈবুঙোশিংনা, থোঙমী লাম্মী পুম্নমক্না থবক অদু, মায়া হৈবা কৃষ্ণনা তৌরিবা মায়ানি হায়না হায়নখি খম্নখি ॥৮০॥ মহারাজ! মতৌ অমুম্না ঙমথৈ লৈতবা তেজ পুরবা অর্জ্জুননা কৌরব লাম্মী মপৈবু নৈহৎলগা মহারাজগী নক্মাক ঈবুঙো জয়দ্রথবু হাৎখি ॥৮১॥ মহারাজ! জয়দ্রথবু হাৎখিবসি উবদা নচাঈবুঙোশিংনা মপি শিন্থদুনা কপ্লখি জয় ওটপনি হাধবগী আশা থাদোক্লখি ॥৮২॥ মহারাজ! জয়দ্রথ হাৎলবা তুংদা কৃষ্ণা অর্জ্জুনপা অনীনা মাগী মাগী মোইবুং পায়থকুনা খোংগৎখি ॥৮৩॥ ভরতনন্দন মহারাজ! অদুগী তুংদা ভীমসেন, সাত্যকি, যুধামন্যু অদুগা উত্তমৌজা মথোয়স্তু মাগী-মাগী মোইবুং পায়থকুনা খোংনখি ॥৮৪॥ অসোমদা, যুধিষ্ঠিরনা মোইবুং খোঙ্গেলশিং অসি তাবদা অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎলমাগে হায়না

ততঃ প্রববৃতে রাজন্নস্তং গচ্ছতি ভাস্করে। দ্রোণস্য সোমকৈঃ সার্দ্ধং সংগ্রামো লোমহর্ষণঃ ॥৮৭॥
তে তু সর্ব্বপ্রযত্নেন ভারদ্বাজং জিঘাংসবঃ। সৈন্ধবে নিহতে রাজন্নযুধ্যন্ত মহারথাঃ ॥৮৮॥
পাণ্ডবাস্তু জয়ং লব্ধা সৈন্ধবং বিনিহত্য চ। অযোধয়ংস্ততো দ্রোণং জয়োন্মত্তাস্ততস্ততঃ ॥৮৯॥
অর্জ্জুনোঽপি রণে যোধাংস্তাবকান্ রথসত্তমান্। অযোধয়ন্মহাবাহুর্হত্বা সৈন্ধবকং নৃপম্ ॥৯০॥

স দেবশত্রূনিব দেবরাজঃ কিরীটমালী ব্যধমৎ সমন্তাৎ।
যথা তমাংস্যভ্যুদিতস্তমোঘ্নঃ পূর্ব্বপ্রতিজ্ঞাং সমবাপ্য বীরঃ ॥৯১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধপর্ব্বণি জয়দ্রথবধে সপ্তবিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

——০*০——

থনখি ॥৮৫॥ অদুগী তুংদা যুধিষ্ঠিরনসু পূং শেলযন্ত্রগী মখোয় পাণ্ডবলান্মীশিংবু নুংঙাইহল্লগা দ্রোণগা থেংনগে হায়দুনা দ্রোণলোম্‌দা চঙশিলখি ॥৮৬॥ মহারাজ! নুমিৎনা তারবগুম্না তাগদোবা থিত্ত ঙায়রবা তাঙ্গা সিদা সোমক লান্মীশিংগা দ্রোণগা তুজুংব পোক্লা কন্ন থেংনখি ॥৮৭॥ মহারাজ! জয়দ্রথবু হাৎপ্রবা তুং অসিদা সোমক বংশগী পাণ্ডবলান্মীশিংনা দ্রোণবু হাৎকে হায়না খন্দুনা য়ায় কন্না চোক্‌শিন্না দ্রোণগা শোক্লখি ॥৮৮॥ পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডবকী লান্মীশিংনসু জয়দ্রথবু হাত্তুনা মাদুগী নুমিৎকী লান্দা জয় ওইদুনা মপূক্লীং থৌগৎপগা লোয়ননা ময়ায় কাদুনা মায়কৈপূম্বদগী হাইজিল্লক্তনা দ্রোণগা কন্না থেংনখি ॥৮৯॥ অদুগা অকনবা অর্জ্জুনসু নিংথৌ জয়দ্রথবু হাৎলব তুংদা কৌরবলান্মী রথীশিংগ কন্না থেংনখি ॥৯০॥ অদুগী তুংদা, নুমিৎনা থোরকপদা অমম্বা পুম্বা মাঙখিবগুম অদুগা দেবরাজ ইন্দ্রনা লাইগী য়েক্লবা হিংচাবা দৈত্যশিংবু মাঙহনবগুম্না, মহাবীর অর্জ্জুননা রাশক্ থুংদুনা কৌরবলান্মী অতৈ-অতৈবু হাৎপ হৌখি ॥৯১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শোক্লশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধপর্ব্বগী জয়দ্রথবধদা চামকুন্তরেৎ শুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥

——

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টাবিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামকুন্নিপানশুবা অধ্যায়

( কর্ণগা সাত্যকিগা অমুক শোন্নবা )

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

তস্মিন্ বিনিহতে বীরে সৈন্ধবে সব্যসাচিনা। মামকা যদকুর্বন্ত তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়। ।১।

সঞ্জয় উবাচ

সৈন্ধবং নিহতং দৃষ্ট্বা রণে পার্থেন মারিষ। অমর্ষবশমাপন্নঃ কৃপঃ শারদ্বতস্ততঃ ।২।

মহতা শরবর্ষেণ পাণ্ডবং সমবাকিরৎ। দ্রৌণিশ্চাভ্যদ্রবদ্রাজন্। রথমাস্থায় ফাল্গুনম্ ।৩।

(যুগ্মকম্)

তাবেনং রথিনাং শ্রেষ্ঠৌ রথাভ্যাং রথসত্তমম্। উভাবুভয়তস্তীক্ষ্ণৈর্বিশিখৈরভ্যবর্ষতাম্ ।৪।

স তথা শরবর্ষাভ্যাং সুমহদ্ভ্যাং মহাভুজঃ। পীড্যমানঃ পরামার্তিমগমদ্রথিনাং বরঃ ।৫।

সোঽজিঘাংসুর্গুরুং সংখ্যে গুরোস্তনয়মেব চ। চকারাচার্যকং তত্র কুন্তীপুত্রো ধনঞ্জয়ঃ ।৬।

অস্ত্রৈরস্ত্রাণি সংবার্য্য দ্রৌণেঃ শারদ্বতস্য চ। মন্দবেগানিষূংস্তাভ্যামজিঘাংসুরবাসৃজৎ ।৭।

তে চাপি ভৃশমভ্যঘ্নন বিশিখাঃ পার্থচোদিতাঃ। বহুত্বাত্তু পরামার্তিং শরাণাং তাবগচ্ছতাম্ ।৮।

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎগ্রবা তুংদা মখা করম্না শোক্লখিবগে—নীয় ॥১॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎখিবসি উবদা শারদ্বানগী মচা কৃপাচার্য্যনা থোইদোক্না শাউখিদুনা অর্জ্জুনগী মথক্ত তেন্না নোংচুবগুম্ হৈথরক্লে। অশ্বত্থামাসু রথ অমদা তোংখৎতুনা অর্জ্জুন তম্ন চঙশিল্লকই ॥২-৩॥ অকনবা রথী অনীসিনা রথ মথক্ত তোংখৎতুনা অর্জ্জুনলোমদা চঙশিল্লকতুনা তেন্না নোংচুবগুম্ কাপশিল্লকই ॥৪॥ মখোয় অনীনা কন্না কাপশিল্লকপা মতম অসিদা অকনবা অর্জ্জুন অসি অকনবা চৈনাখোন কংবা হৌরকলে ॥৫॥ অদুম ওইনক্ কুন্তীনন্দন অর্জ্জুননা লালকম্ অদুদা গুরু কৃপাচার্য্যবু অদুগা গুরুগী মচা অশ্বত্থামাবু হাৎনিংদবনা অদুগা কন্না ফাওবা থানিংদবুনা ওঝা গুরুগী ব্যবহার অদু ভাকনা শোক্লখি ॥৬॥ অর্জ্জুননা, কৃপগা অশ্বত্থামাগা অনীনা কাপলকপা তেল মথৈ ভাকথোক্লগা, মশাদা কন্না পানগনি হায়বগী মতাংগুম্ তপ্প তপ্পা তেল কাপপি ॥৭॥ অদুবু, মহারাজ! অর্জ্জুননা তপ্প তপ্পা, শোল্লি শোল্লি কাপখিবা তেলশিং অদুনা কৃপ-অশ্বত্থামা অনীদা খাঙজদবা চৈনা পীখি

অথ শারদ্বতো রাজন্! কৌন্তেয়শরপীড়িতঃ। অবাসীদদ্রথোপস্থে মূর্চ্ছামভিজগাম্ চ ॥৯॥
স বিহ্বলমভিজ্ঞায় ভর্ত্তারং শরপীড়িতম্। হতোঽয়মিতি চ জ্ঞাত্বা সারথিস্তমপাহরৎ ॥১০॥
তস্মিন্ ভগ্নে মহারাজ! কৃপে শারদ্বতে যুধি। অশ্বত্থামাপ্যপাযাসীৎ পাণ্ডবেয়াদনন্তরম্ ॥১১॥
দৃষ্ট্বা শারদ্বতং পার্থো মূর্চ্ছিতং শরপীড়িতম্। রথ এব মহেষ্বাসঃ স কৃপং পর্য্যদেবয়ৎ।
অশ্রুপূর্ণমুখো দীনো বচনঞ্চেদমব্রবীৎ ॥১২॥
পশ্যন্নিদং মহাপ্রাজ্ঞঃ ক্ষত্তা রাজানমুক্তবান্। কুলান্ত-করণে পাপে জাতমাত্রে সুযোধনে ॥১৩॥
নীয়তাং পরলোকায় সাধ্বয়ং কুলপাংসনঃ। অস্মাদ্ধি কুরুমুখ্যানাং মহদুৎপৎস্যতে ভয়ম্ ॥১৪॥
তদিদং সমনুপ্রাপ্তং বচনং সত্যবাদিনঃ। তৎকৃতে হ্যদ্য পশ্যামি শরতল্পগতং গুরুম্ ॥১৫॥
ধিগস্তু ক্ষাত্রমাচারং ধিগস্তু বলপৌরুষম্। কো হি ব্রাহ্মণমাচার্য্যমভিদ্রুহ্যেত মাদৃশঃ ॥১৬॥
ঋষিপুত্রো মমাচার্য্যঃ পিতুর্মে পরমঃ সখা। এষ শেতে রথোপস্থে কৃপো মদ্বাণপীড়িতঃ ॥১৭॥
অকাময়ানেন ময়া বিশিখৈরর্দ্দিতো ভৃশম্। অবাসীদদ্রথোপস্থে প্রাণান্ পীড়য়তীব মে ॥১৮॥

---

মরমদি অর্জ্জুননা অমুমুক্ কাপখিবা তেলশিং অদে। অমনীত নত্তে, মশীংসাকৃতম্নবনি। অদুনা অপান্বা মীদা শাথিনা চৈনা পী ॥৮॥ মহারাজ! কৃপাচার্য্য অসি অর্জ্জুনগী তেন্না পানবদা মশা চোকৃথখিদুনা রাম্বখি ॥৯॥ কৃপাচার্য্যনা রাম্বখিবদু উবদা শারথিনা লালকম্‌দগী মহাকৃপু নাকল্ অমদা থৈদোক্তুনা পুথোকৃখি ॥১০॥ মহারাজ! শরদ্বানগী মচা কৃপাচার্য্যনা রাম্বদুনা লান্দগী লৈথোকৃখিবদু উবদা দ্রোণগী মচা অশ্বত্থামাসু লালকম্‌দগী হন্দোকৃখি ॥১১॥ শরদ্বানগী মচা গুরু কৃপাচার্য্যনা লালকম্‌দা মূর্চ্ছা কংদুনা ঈহং নাইহংশানা লালকম্‌দগী হন্দোকৃখিবদু উবদা অর্জ্জুন অসি মপি ত্রং ত্রং চেন্দুনা বিলাপ তৌখি :—॥১২॥ আঃ ওস্থোকপনি! শাগৈবু মুৎননবা থৌরাংবা পাপকী পুকচেল্ চেন্‌বা দুর্য্যোধননা হেক্ পোকপদা তুংদা থোক্লগদবা ঘটন পুম্বা উরবা খুবা-ঈবুংঙো মহাজ্ঞানী বিদুরনা ধৃতরাষ্ট্রদা হায়খিবদে।" ॥১৩॥ "মহারাজ! নচাঈবুঙোসে ইহলোক অসিদা লৈহনবিরনু। পরলোক য়ৌথিনবা থুনা থবক্ তৌবিহৌ নত্রবদি মহাকথক্তগী শাগৈ অসে তুম মাঙহনরগনি—"অসুম্ হায়খিবদে। থোক্লরেদা ॥১৪॥ সত্যবাদী ওইরবা মহাজ্ঞানী বিদুরনা হায়খিবদুমক্ লোইনা থোকলরে। দুর্য্যোধন মহাকপু তাম্নরকপদগী ঙসি ঐনা গুরু-দেবনা তেলগী কমুংথক্তা হীপদুনা লৈবসে উরেদকো! ॥১৫॥ ক্ষত্রিয়গী লাল্ তৌবা কৌবা ধর্ম্মবু ঐনা হন্ন হন্না ধিক্কার তৌরি। পাপী ওইরবা, কত্রবা তমথিরবা অর্জ্জুন ঐনা ব্রাহ্মণদা অদুগী মথক্তা গুরু ওইরবা মীশক্ অসিদা হিংসা তৌরে! ॥১৬॥ ওস্থোকৃপনিদা! ঋষিগীসু মচা, ঐগীসু গুরু অদুগী মথক্ত ঈপাগী চাম্নরবা মরুপ কৃপনা ঙসি ঐগী তেন্না পানবদা তেনগ য়াওন্নদুনা রথমথক্ত হীপদুনা তুদুনা লৈরেদকো! ॥১৭॥ ঐনা কাপ্‌নীঙদনা কাপখিবা তেন্না কৃপাচার্য্যসে শাথিনা শোকলে। মশাপুম্বা পুমচোক্ চোকথদুনা তাদুনা লৈরি। অবস্থা অসিনা ঐগী থম্মোয় হকচাংবু হেন্না অমুক্ চোক্‌থহল্লি ॥১৮॥

পুত্রশোকাভিভূতেন শরৈরভ্যর্দিতেন চ। অত্যন্তো বহুভির্বাণৈর্দশাবর্ম্মগতেন বৈ ॥১৯॥
শোচয়ত্যেষ নিয়তং ভূয়ঃ পুত্রবধাদ্ধি মাম্। কৃপণং স্বরথে সন্নং পশ্য কৃষ্ণ। যথাগতম্ ॥২০॥
উপাহৃত্যেহ যে বিদ্যা আচার্য্যেভ্যো নরর্ষভাঃ। প্রয়চ্ছন্তীহ কামান্ বৈ দেবত্বমুপযান্তি তে ॥২১॥
যে তু বিদ্যামুপাদায় গুরুভ্যঃ পুরুষাধমাঃ। ঘ্নন্তি তানেব দুর্বৃত্তাস্তে বৈ নিরয়গামিনঃ ॥২২॥
তদিদং নরকায়ৈব কৃতং কর্ম্ম ময়া ধ্রুবম্। আচার্য্যং শরবর্ষেণ রথে সাদয়তা কৃপম্ ॥২৩॥
যত্তৎ পূর্ব্বমুপাকুর্ব্বন্নস্ত্রং মামব্রবীৎ কৃপঃ। ন কথঞ্চন কৌরব্য। প্রহর্ত্তব্যং গুরাবিতি ॥২৪॥
তদিদং বচনং সাধোরাচার্য্যস্য মহাত্মনঃ। নানুষ্ঠিতং তমেবাজৌ বিশিখৈরভিবর্ষতা ॥২৫॥
(যুগ্মকম্)

নমস্তস্মৈ সুপূজ্যায় গৌতমায়াপলায়িনে। ধিগস্তু মম বার্ষ্ণেয়! যদস্মৈ প্রহরাম্যহম্ ॥২৬॥
তথা বিলপমানে তু সব্যসাচিনি তং প্রতি। সৈন্ধবং নিহতং দৃষ্ট্বা রাধেয়ঃ সমুপাদ্রবৎ ॥২৭॥
তমাপতন্তং রাধেয়মর্জ্জুনস্য রথং প্রতি। পাঞ্চাল্যৌ সাত্যকিশ্চৈব সহস সমুপাদ্রবন্ ॥২৮॥

---

আঃ! পাপী অর্জ্জুন ঐনা ঈচা হাৎখিবগী সুংঙাইতবনা য়েরুবগী খুৎলায়না পানব-থাবগী সুংঙাইতবনা মহা পাপী চণ্ডালগী থবক তৌরে! ॥১৯॥ গুরুদেব কৃপাচার্য্যগী অবস্থাসিনা ঐগী থম্মোয়দা ঈচা অভিমন্যু কায়নবগী মৈচাকতগীসু হেন্না কনবা মৈচাক পীরে। কৃষ্ণ! যাদব! য়েংঙ্‌উনে! কৃপাচার্য্য পুমচোক চোকথখিদুনা রথ মথক্ত মূর্চ্ছা কংদুনা লৈরে! ॥২০॥ জগৎ অসিদা তাইবং মীনা গুরুগী মফমদগী বিদ্যা ফংজরগা বিদ্যা অদুগী পান্থেনা সম্পত্তি কংজরগা সম্পত্তি অদুবু দান তৌথোকতুনা হইলোক থাদোক্লগা লাইরম লেন্দা কানরিবনি ॥২১॥ ফত্রবা মীশিংনা গুরুদগী বিদ্যা ফংলগা বিদ্যা অদুদা অদুগা বিদ্যা অদুনা পীবা সম্পত্তিদা মত্ত ওইখিদুনা গুরুদুমকপু কাওথোকখিদুনা ময়ায়কাবা নাপলগী লাংদা থৃদুনা নরকতা চৎখি ॥২২॥ অসিগুম্না ঐসু ঙসী গুরুগী মশাবু তেন্না পুময়োম য়োমহন্দুনা গুরুগী মফমদা কোকৃউমজ্রবা পাপ অমদি হিংসাবু লঙজরুদনা নরককী লম্বীদা চৎপ তৌরি ॥২৩॥ মমাংঙৈদা গুরুদেব অসিনা ঐঙোন্দ খুৎলায় তম্বিবা মতমদা করি হায়খিবগে হায়ব:— পাণ্ডুনন্দন অর্জ্জুন! নং কন য়াম্না হৈদুনসু লাই-গুরুগী মফমদা খুৎলায় শীজিন্নগনুকো” অসিনি অদুবু কৃষ্ণ! মহাত্মা ওইরবা গুরু মাগী য়াথংবুসু হীকতোকলে। অদুগী মংক্তো পাউতাক পীনবিরিবা মহাকপু তেন্না পুম্ য়োম্ য়োম্শিলহনবমখৈ অরাবা পীরি! ॥২৪-২৫॥ “অদুনা বৃষ্ণনন্দন! কৃষ্ণ! লান্দাহনগনদবা, পূজাতৌননবগী মশক ওইরবা গুরু কৃপাচার্য্যগী চরনদা ঐনা হন্না নোল্লুক্কা খুরুমজরি। গুরুদেবদা হিংসা তৌরুবগী উদ্দেশ্য অদমক্তা ঐসু হন্না হন্না ধিক্কার তৌরি ॥২৬॥ অর্জ্জুননা অসুম্না মশামথন্তবু ধিক্কার তৌদুনা বিলাপ তৌরিঙৈদা, জয়দ্রথ হাৎখিবা উবদা অশাউবনা মৈ হৌরবা কর্ণ অসি অর্জ্জুন তম্না ফুত্তিদুবক ॥২৭॥ কর্ণনা অর্জ্জুনতম্না চঙশিল্লকপসি উবদা, যুধামন্যু উত্তমৌজা অমদি সাত্যকি মখোয় অহুম অসি কর্ণরোমদা প্রপপ্রপ চঙশিলকল্লি ॥২৮॥

উপায়াতন্তু রাধেয়ং দৃষ্ট্বা পার্থো মহারথঃ। প্রহসন্ দেবকীপুত্রমিদং বচনমব্রবীৎ ॥২৯॥
এষ প্রয়াত্যাধিরথিঃ সাত্যকেঃ স্যন্দনং প্রতি। ন মৃষ্যতি হতং নূনং ভূরিশ্রবসমাহবে ॥৩০॥
যত্র যাত্যেষ তত্র ত্বং চোদয়াশ্বান্ জনার্দ্দন। মা সৌমদত্তেঃ পদবীং গময়েৎ সাত্যকিং বৃষঃ ॥৩১॥
এবমুক্তো মহাবাহুঃ কেশবঃ সব্যসাচিনা। প্রত্যুবাচ মহাতেজা কালযুক্তমিদং বচঃ ॥৩২॥
অলমেষ মাহাবাহুঃ কর্ণায়ৈকোঽপি পাণ্ডব। কিং পুনর্দ্রৌপদেয়াভ্যাং সহিতঃ সাত্বতর্ষভঃ ॥৩৩॥
ন চ তাবৎ ক্ষমঃ পার্থ। কার্ণেন তব সঙ্গমঃ। প্রজ্বলন্তী মহোল্কেব তিষ্ঠত্যস্য হি বাসবী ॥৩৪॥
ত্বদর্থং পূজ্যমানৈষা রক্ষ্যতে পরবীরহন্। অতঃ কর্ণঃ প্রয়াত্বত্র সাত্বতস্য যথা তথা ॥৩৫॥
অহং জ্ঞাস্যামি কৌন্তেয়! কালমস্য দুরাত্মন। যত্রৈনং বিশিখৈস্তীক্ষ্ণৈঃ পাতয়িষ্যসি ভূতলে ॥৩৬॥

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

যোঽসৌ কর্ণেন বীরস্য বার্ষ্ণেয়স্য সমাগমঃ। হতে তু ভূরিশ্রবসি সৈন্ধবে চ নিপাতিতে ॥৩৭॥
সাত্যকিশ্চাপি বিরথঃ কং সমারূঢ়বান্ রথম্। চক্ররক্ষৌ চ পাঞ্চাল্যৌ তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়! ॥৩৮॥
(যুগ্মকম্)

---

কর্ণনা চণ্ডশিল্লবপাসি উবদা অর্জ্জুনস্মু নোক্-নোক্তুনা কৃষ্ণদা অস্মুম্না হায়রকই :— ॥২৯॥ য়েঙ্, কৃষ্ণ! কর্ণ আসে, ভূরিশ্রবা হাৎখিবগী মুংঙাইতবনা সাত্যকি তম্ম চণ্ডশিল্লক্লাল মহাক্, ভূরিশ্রবা হাৎখিবসিদা খাঙবা য়াখিত্রমাল্লে ॥৩০॥ মরম্ অদুনা কৃষ্ণ! মহাক্না চণ্ডশিল্লকলিবা মায়কৈ অসোম্দা ঐগী রণ অসি থৌজিল্লু। কর্ণনা সাত্যকিবু ভূরিশ্রবাগী মায়কৈদা থৌজিনবা ৎমজিহৈঙগী মমাঙদা ঐ মাবু থিংহোগে ॥৩১॥ অর্জ্জুননা অস্ম্রম্না হায়রবদা মপাস্বোম চাউরবা তেজ লৈরবা শাক্তিপূম্বনা তিল্লবা সারথি কৃষ্ণনা মতম অদুগী চপ্ চাবা রাহু অর্জ্জুনদা হায়খি ॥৩২॥

পাণ্ডুনন্দন! অকনবা সাত্যকিনা মথন্তনস্মু কর্ণগা পানবা ঙম্গনি। অসিগী মথক্তা যুধামন্যুগা উত্তমৌজাগা অনীনা অমুক ঙাক্লো ওইগ্রবদি করি অমুক্ হায়নীঙাই লৈ? ॥৩৩॥ অদুদা, অর্জ্জুন! হৌজিক নং কর্ণগা মুখামুখি ওইনা শোক্লব য়াদ্রি। লংলবা শংঙাইশেলগুম্বা ইন্দ্রগী তা অম মঙোন্দ লৈরি ॥৩৪॥ য়েক্লব ঙম্বা অর্জ্জুন! তা আসে কর্ণনা নংবুত্ত হাৎকে হায়দুনা য়াম্ম লুনা পূজা তৌদুনা থম্লিবনি। অদুনা কর্ণ সাত্যকি তম্ম লাকলিবসে অস্রন্মক লাক্লসনু-থোক্পা অম লাক্লনি ॥৩৫॥ কুন্তীনন্দন! অর্জ্জুন! ফত্রবা কর্ণ হায়বসিগী অরোইবা লুমিৎ অদো ঐ খঙিঙ। ঐনা তাকলকপা তাঞ্জাগী মতুং ইন্না কর্ণগী মপুন্শি নংনা লোইহন-গদবনি ॥৩৬॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায় :—সঞ্জয়! ভূরিশ্রবাগা জয়দ্রথগা হাৎগ্রবা মতুংদা সাত্যকিনা কর্ণগা শোক্লবগী রা অম নংনা হৌদোরক্লি। মাসিদা ঐনা খঙনীঙলিবদি রথ লৈত্রবা সাত্যকিদি কনাগী রথদা তোংদুনা কর্ণগা শোক্লগদৌরিবনো? অর্জ্জুনগী ঙাকলো ওইদুনা লৈরিবা যুধামন্যু-উত্তমৌজা হায়রিবা অনীসিমক্ করম করম্বা রথদা তোংদুনা লাল্ তৌগদৌরিবনো? ॥৩৭-৩৮॥

## সঞ্জয় উবাচ।

হন্ত তে কথয়িষ্যামি যথাবৃত্তং মহারণে। শুভ্রবশ্ব স্থিরো ভূত্বা দুরাচরিতমাত্মনঃ ॥৩৯॥
পূর্ব্বমেব হি কৃষ্ণস্য মনোগতমিদং প্রভো।। বিজেতব্যো যথা বীরঃ সাত্যকিঃ সৌমদত্তিনা।
অতীতানাগতে রাজন্! স হি বেত্তি জনার্দ্দনঃ ॥৪০॥
ততঃ সূতং সমাহূয় দারুকং সন্দিদেশ হ। রথো মে যুজ্যতাং কল্যমিতি রাজন্! মহাবলঃ ॥৪১॥
নহি দেবা ন গন্ধর্বা ন যক্ষোরগরাক্ষসাঃ। মানবা বাপি জেতারঃ কৃষ্ণয়োঃ সন্তি কেচন ॥৪২॥
পিতামহপুরোগাশ্চ দেবাঃ সিদ্ধাশ্চ তং বিদুঃ। তয়োঃ প্রভাবমতুলং শৃণু যুদ্ধন্ত তদ্‌যথা ॥৪৩॥
সাত্যকিং বিরথং দৃষ্ট্বা কর্ণঞ্চাভ্যুদ্যতং রণে। দধ্মৌ শঙ্খং মহাবেগমার্ষভেণাথ মাধবঃ ॥৪৪॥
দারুকোঽবেত্য সন্দেশং শ্রুত্বা শঙ্খস্য চ স্বনম্। রথমন্বানয়ত্তস্মৈ সুপর্ণোচ্ছ্রিতকেতনম্ ॥৪৫॥
স কেশবস্যানুমতে রথং দারুকসংযুতম্। আরুরোহ শিনেঃ পৌত্রো জ্বলনাদিত্যসন্নিভম্ ॥৪৬॥
কামগৈঃ শৈব্যসুগ্রীবমেঘপুষ্পবলাহকৈঃ। হয়োদগ্রৈর্মহাবেগৈর্হেমভাণ্ডবিভূষিতৈঃ ॥৪৭॥
যুক্তং সমারুহ্য চ তং বিমানপ্রতিমং রথম্। অভ্যদ্রবত রাধেয়ং প্রবর্ষন্ সায়কান্ বহূন্ ॥৪৮॥
( যুগ্মকম্ )

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! মতুংগী লাম্লাও অসি লোইনা মহারাজদা জীজপে, থোক্‌খিবা থৌদোক্ পূম্বা মুন্ন পূক্নীং চঙন তাবিয়ু ॥৩৯॥ মহারাজ! ভূরিশ্রবানা 'বীর সাত্যকিবু জয় তৌখি হায়বদি মমাঙৈদগী হৌনা কৃষ্ণনদি অদুম্ খঙলবনি। মরমদি কৃষ্ণদি ভূং-ভবিষ্যং বর্ত্তমান লোইনা খঙব-উবনি ॥৪০॥ মহারাজ! অসিমক্তনা, লাল অসি শোক্লগদবা নোংমগী মমাঙদা কৃষ্ণনা মাগী দারুক সারথি কৌশিন্দুনা করি হায়খিবগে হায়ববু—দারুক! নং হয়েংমক ঐগী রথ অদু শেম্ শাদুনা থম্মু" অসিনি ॥৪১॥ লাইহিংচাবা, গন্ধর্ব্ব, লিল—কনা অমত্ত কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীবু জয় তৌব ঙম্মোই ॥৪২॥ ব্রহ্মানচিংব দেবতাশিংনা অদুগা শিদ্ধ পুরুষশিংনা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীগী মগুণবু মুন্না খঙবা ঙম্মি। করে, মহারাজ! অসি পুম্নমক লৈখিসনু। মথংগী লাল তাথবিরো—॥৪৩॥ রথ য়াওদবা সাত্যকিগা রথ য়াওবা কর্ণগা শোক্লগদবগী তৌ-রকপা মতম অসিদা ঋষভ স্বরদা (স ঋ গ ম প ধ নি—গী অনীশুবা খোন্থাংদা) লুম্না মখোল হৌরবা পাঞ্চাজন্যবু থিংগাম্ কাম্মকই ॥৪৪॥ মোইবুং খোঞ্জেল হেক তাবদা দারুকনা মহাকপু ঈঙ্গিত তৌরকলে হায়রকলে হায়না খঙদুনা, গরুড় তোংবা কিরাল থেৎপা, কৃষ্ণগী রথ অদু কৃষ্ণগী নাক্ত খুদক্ত পুশিল্লকই ॥৪৫॥ কৃষ্ণগী য়াথং কংদুনা সাত্যকিনা মৈ অমদি নুমিৎকী মতৌগুম্না লংলবা, দারুকমক্তা সারথি ওইবা রথ অদুদা কাখৎখি ॥৪৬॥ য়োহননীংঙবা মকমদা খুদক্ত য়োঙম্ব শৈব্য-সুগ্রীব- মেঘপুষ্প-বলাহক কোবা শগোল মরিনা চিংবা, য়াঙলবা-শাঙ্কু কল্লবা, সনালুপা-মণিমুক্তা মখল মখন্না থান্নবা, বিমান (দোলাই অপাইবী)গা মান্নবা, রথ

চক্ররক্ষাবসি তদা যুধামন্যূত্তমৌজসৌ। জয়দ্রথবধং প্রাপ্য রাধেয়ং প্রত্যুদীয়তুঃ ॥৪৯॥
রাধেয়োঽপি মহারাজ! শরবর্ষং সমুৎসৃজন্। অভ্যদ্রবৎ সুসংক্রুদ্ধো রণে শৈনেয়মচ্যুতম্ ॥৫০॥
নৈব দৈবং ন গান্ধর্বং নাসুরং ন চ রাক্ষসম্। তাদৃশং ভুবি নো যুদ্ধং দিবি বা শ্রুতমিত্যুত ॥৫১॥
উপারমত তৎ সৈন্যং সরথাশ্বনরদ্বিপম্। তয়োর্দৃষ্ট্বা মহারাজ! কর্ম্ম সংমূঢ়চেতনম্ ॥৫২॥
সর্ব্বে চ সমপশ্যন্ত তদ্যুদ্ধমতিমানুষম্। তয়োর্নৃবরয়ো রাজন্! সারথ্যং দারুকস্য চ ॥৫৩॥
গতপ্রত্যাগতাবৃত্তৈর্ম্মণ্ডলৈঃ সন্নিবর্ত্তনৈঃ। সারথেস্তু রথস্থস্য কাশ্যপেয়স্য বিস্মিতাঃ ॥৫৪॥
নভস্তলগতাশ্চৈব দেবগন্ধর্বদানবাঃ। অতীবাবহিতা দ্রষ্টুং কর্ণশৈনেয়য়ো রণম্ ॥৫৫॥
মিত্রার্থে তৌ পরাক্রান্তৌ শুষ্মিণৌ স্পর্দ্ধিনৌ রণে। কর্ণশ্চামরসঙ্কাশো যুযুধানশ্চ সাত্যকিঃ ॥৫৬॥
অন্যোন্যং তৌ মহারাজ! শরবর্ষৈরবর্ষতাম্। প্রমমাথ শিনেঃ পৌত্রঃ কর্ণং সায়কবৃষ্টিভিঃ ॥৫৭॥
অমৃষ্যমাণো নিধনং কৌরব্যজলসন্ধয়োঃ। কর্ণঃ শোকসমাবিষ্টো মহোরগ ইব শ্বসন্ ॥৫৮॥
স শৈনেয়ং রণে ক্রুদ্ধঃ প্রদহন্নিব চক্ষুষা। অভ্যধাবত বেগেন পুনঃ পুনররিন্দমঃ ॥৫৯॥

---

অদুদা তোংহনা সাত্যকিনা তেল মপৈ মপৈবু কাপ্‌শিন্‌-কাপশিন্না কর্ণয়োমদা চঙশিল্লকই ॥৪৭-৪৮॥ অর্জুনগী ঙাকভো ওইরম্বা যুধামন্যু-উত্তমৌজা অনীসু জয়দ্রথনা থনম্বা রথ অদুদা কাথৎতুনা বর্ণ ফম চঙশিন্‌খি ॥৪৯॥ মহারাজ! কর্ণসু মাহু উবদা শাউখিন্না নোংচুবগুম হৈথহনা সাত্যকি তম্না চংশিল্লকই ॥৫০॥ মতম অসিদা সাত্যকিগা কর্ণগা শোন্নখিবা লাণ্থোক্না অসিগুম্বা স্বর্গ অমদি মর্ত্ত্যদা লাইহিংচাবা গন্ধর্ববশিংগী লান্দসু তাখিবা লৈত্রি ॥৫১॥ অনী অসিগী লাল উবদা লাল অদুদা য়াওরম্বা খোঙমী লাম্মী শগোল্‌ শামু ফাওবা য়েংবা ঙম্‌দহনা মিপাইবগা লোয়ননা লানকমদগী হন্দোক্লখি ॥৫২॥ মহারাজ! ময়ামহনা হন্দোরক্লনা অনীগী লালবু অদুগা দারুক সারথিগী রথ থৌন হৈবগী বিদ্যাবু ময়েক লানা উবা ফংখি ॥৫৩॥ দারুককী রথবু থৌজিনবা, হন্দোকপা, নাকয়েত্ত হাইদোকহনবা রথবু চোংথহনবা, কোয়রৈ লৈহনবা চেপ্প থৌজিনবা—অসি পূম্নমক উবদা অউবা মথৈগী থম্মোয়দা অঙকপা-মুংঙাইবা পোক্‌হনখি ॥৫৪॥ নোংমদোনথক্ত লাইয়াম অমদি গন্ধর্ববশিংনা অনীগী লাল অসিবু কুপ্ন য়েংগদবগী মমীৎমনা শেংনা শেংদোকতুনা লৈনখি ॥৫৫॥ মহারাজ! অশাউবনা মমীত্ত ঈ কানরবা, অমনা অমবু ঙমগে তাম্নরবা কর্ণ সাত্যকি অনী অসি শোক্ন শোক্ন মাগী মাগী পক্ষগীদমক্ত মশা মশাগী অরৈ অরৈবা শক্তি অমদি বিদ্যা পুথোররকলে ॥৫৬॥ মহারাজ! অমন অমগী মথক্ত তেম্না নোংচুবগুম হৈথনরকলে। অদুবু মহারাজ! সাত্যকিনা য়াম্না হেন্না লাকচনা কর্ণদা চৈনা পীরকই ॥৫৭॥ সাত্যকিনা ভূরিশ্রবাগা জলসন্ধগা হাৎখিবদুগী মুংঙাইতদুনা অরাবা-অশাউবা অনীনা থম্মোয় থুমহৎখিহনা মুংশা মপী কূইনা-কূইনা হোনখি ॥৫৮॥ য়েন্নবা ঙম্বা কর্ণনা মমীৎ অনীনা

তন্ত সংক্রুদ্ধমালোক্য সাত্যকিঃ প্রত্যুধাবত। মহতা শরবর্ষেণ গজঃ প্রতিগজং যথা ॥৬০॥
তৌ সমেতৌ নরব্যাঘ্রৌ ব্যাঘ্রাবিব তরস্বিনৌ। অন্যোন্যং সংততক্ষাতে রণেঽনুপমবিক্রমৌ ॥৬১॥
ততঃ কর্ণং শিনেঃ পৌত্রঃ সর্বপারশবৈঃ শরৈঃ। বিভেদ সর্ব্বগাত্রেষু পুনঃ পুনররিন্দমঃ ॥৬২॥
সারথিঞ্চাস্য ভল্লেন রথনীড়াদপাতয়ৎ। অশ্বাংশ্চ চতুরঃ শ্বেতান্ নিজঘান শিতৈঃ শরৈঃ ॥৬৩॥
ছিত্ত্বা ধ্বজং রথঞ্চৈব শতধা পুরুষর্ষভঃ। চকার বিরথং কর্ণং তব পুত্রস্য পশ্যতঃ ॥৬৪॥
ততো বিমনসো রাজংস্তাবকাস্তে মহারথাঃ বৃষসেন কর্ণসুতঃ শল্যো মদ্রাধিপস্তথা ॥৬৫॥
দ্রোণপুত্রশ্চ শৈনেয়ং সর্ব্বতঃ পর্য্যবারয়ন্। ততঃ পর্য্যাকুলং সর্বং ন প্রাজ্ঞায়ত কিঞ্চন ॥৬৬॥

(যুগ্মকম্)

তথা সাত্যকিনা বীরে বিরথে সূতজে কৃতে। হাহাকারস্ততো রাজন্! সর্ব্বসৈন্যেষভূন্মহান্ ॥৬৭॥
কর্ণোঽপি বিরথো রাজন্! সাত্বতে কৃতঃ শরৈঃ। দুর্য্যোধনরথং তূর্ণমারুরোহ বিনিশ্বসন্ ॥৬৮॥
মানয়ংস্তব পুত্রস্য বাল্যাৎ প্রভৃতি সৌহৃদম্। কৃতাং রাজ্যপ্রদানেন প্রতিজ্ঞাং পরিপালয়ন্ ॥৬৯॥

(যুগ্মকম্)

তথা তু বিরথং কর্ণং পুত্রাংশ্চ তব পার্থিব!। দুঃশাসনমুখান্ শূরান্ নাবধীৎ সাত্যকির্ব্বশী ॥৭০॥

---

সাত্যকিবু চাথোক্কদবগুম্ থানা য়েংজুনা হন্না হন্না ফুজিল্লকই ॥৫৯॥ কর্ণসি য়াম্ন শাউরে হায়বগ্ন মতোন্দা উবদা ময়ায় কারবা শামু অমনা মমাল্লবা শামু অমদা হাইজিনবা ঈজিনবগুম্ সাত্যকিনা কর্ণদা তক্শিল্লকই। তেল মপৈ মপৈবু অতৎ অথম্ লৈতনা কাপত্তুনা কর্ণদা থারকই ॥৬০॥

কৈজাও অনীগী মতোগুম্না চপ্ মান্নবা কন্থিল্লরবা, পান্দম্নীডায় লৈতনা, কম্নরবা নিপা অথোইবা কর্ণ সাত্যকি অনীসি হাক্থেংননা ক্রেকক্রেক ঈজিন্না শোক্লরক্লে ॥৬১॥ য়েক্লবা ওয়া সাত্যকিনা থোরবা শেংলবা য়োৎনা শাবা তেলগী মপৈ মপৈনা কর্ণগী হকচাং কায়াৎ পুম্বা শিংগুপ্ সানা থিন্‌গাইরকলে ॥৬২॥ তা মচীন শাবা থোরবা তেল অমনা সাত্যকিনা কর্ণগী সারথিবু রথমথক্তগী লৈমায়থক্ত ভুহন্থি। থোরবা তেল মরি অমুক্ কাপ্‌শিল্লক্‌না কর্ণগী শগোল মরি অহুবু কক্থৎখি ॥৬৩॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা সাত্যকিনা নচাইবুংভো দুর্য্যোধনগী মাঙ-মক্তদা কর্ণগী ফিরান অদুগা রথ অহুবুম্ম মচেৎ চাম থোক্‌না কক্থত্তুনা থ়দেক্খি। মতম্ অদুদা কর্ণ আস রথ য়াওদবা থোঙমী অমা ওইখি ॥৬৪॥ মহারাজ! মতম্ অসীদা কর্ণগী মচা বৃষসেন, মদ্ররাজ শল্য, দ্রোণগী মচা অশ্বথামা অমদি শাউরবা কৌরব মহারথী সংনা পুল্লগা সাত্যকিবু পূমকোয় কোয়শিনথ্রে। মখোয় অত্ত সাত্যকিবু কোয়শিল্লি হায়বতু মঙায়রে; মকম মরাং অমত থঙদনা চঙশিল্লকলিবনি ॥৬৫-৬৬॥ মহারাজ! সাত্যকিনা কর্ণবু রথয়াওহন্দবসি উবদা কৌরব লান্মী পূম্নমক হাহাকার লাউনাখি ॥৬৭॥ মহারাজ! সাত্যকিনা মহাকপু রথয়াওহন্ থিদবসিদা কর্ণনা শাউবনা নুংশামপী তোন্‌তোন্দুনা দুর্য্যোধনগী রথদা চোংথৎখি। মহারাজ! অঙাং ওইরিঙৈদগী তিন্নরক্পা, নুংশিনরকপা অমুগা মহাকপু অঙ্গদেশগী নিংথৌ হাপ্লিখিবগী নীঙশিংদুনা কর্ণনা মথ্বাই থুবাক্ত হাপ্তুনা দুর্য্যোধনগী দমক্ত শোক্লখিবনি ॥৬৮-৬৯॥ মহারাজ!

রক্ষন্ প্রতিজ্ঞাং ভীমেন পার্থেন চ কৃতাং পুরা। বিরথান্ বিহ্বলাংশ্চক্রে ন তু প্রাণৈর্ব্যযোজয়ৎ ॥৭১॥
ভীমসেনেন হি বধঃ পুত্রাণাং তে প্রতিশ্রুতঃ। পুনর্দ্যূতে চ পার্থেন বধঃ কর্ণস্য সংশ্রুতঃ ॥৭২॥
বধে ত্বকুর্ব্বন্ যত্নং তে তস্য কর্ণমুখাস্তদা। নাশক্নুবংস্তু তং হন্তুং সাত্যকিং প্রবরা রথাঃ ॥৭৩॥
দ্রৌণিশ্চ কৃতবর্ম্মা চ তথৈবান্যে মহারথাঃ। নির্জ্জিতা ধনুষৈকেন শতশঃ ক্ষত্রিয়র্ষভাঃ।
কাঙ্ক্ষতা পরলোকঞ্চ ধর্ম্মরাজস্য চ প্রিয়ম্ ॥৭৪॥
কৃষ্ণয়োঃ সদৃশো বীর্য্যে সাত্যকিঃ সত্যকিঃ সাত্যবিক্রমঃ।
জিতবান্ সর্ব্বসৈন্যানি তাবকানি হসন্নিব ॥৭৫॥
কৃষ্ণো বাপি ভবেল্লোকে পার্থো বাপি ধনুর্দ্ধরঃ। শৈনেয়ো বা নরব্যাঘ্রশ্চতুর্থস্তু ন বিদ্যতে ॥৭৬॥

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

অজয্যং রথমাস্থায় বাসুদেবস্য সাত্যকিঃ। বিরথং কৃতবান্ কর্ণং বাসুদেবসমো যুধি ॥৭৭॥
দারুকেণ সমাযুক্তঃ স্ববাহুবলদর্পিতঃ। কচ্চিদন্যং সমারূঢ়ঃ স রথং সাত্যকিঃ পুনঃ ॥৭৮॥
এতদিচ্ছাম্যহং শ্রোতুং কুশলো হ্যসি ভাষিতুম্। অসহ্যং তমহং মন্যে তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয় ॥৭৯॥

পূক্চেল চাউরবা কল্লবা, মানা নীঙবত তৌরব। সাত্যকিনা রথ য়াওদবা কর্ণবু অমদি মহারাজগী নচাইবুংঙো দুঃশাসননচিংবব ওম্না-ওয়া হাংপীখদে ॥৭০॥

মরমদি মহারাজ! ভীমনা দুঃশাসনবু হাৎকে হায়না রাশক্খি; অর্জ্জুননস্সু কর্ণবু হাৎকে হায়না রাশকখি। অদুনা মখোয় অনী রাশক্ থুংডরোইদ হায়না খল্লুবদা মতম অদুদা হাংপা ওম ওম্না সাত্যকিনা কর্ণবু অমদি দুঃশাসননাচংবা মচৌনমনাওশিংঃ হাংখিদে। অদুগা মহাক্না মখোয়শিংদা য়াম্না সাথিনা চৈনাখোল্ পিখি ॥৭১॥ মহারাজ। অদুভৈগী চৌবর সভাদা ভীমনা দুঃশাসনবু অদুগা অর্জ্জুননা কর্ণবু হাৎকে হায়না রাশক্খি ॥৭২॥ কর্ণনাচংবা মহারথিশিংনা নুমিৎ অদদা সাত্যকিবু হাৎকে হায়না ক্ষনয়াম্না কন্না হোৎনখিবনি। অদুবু মখোয়না সাত্যকিবু জয় তৌবা ভমখিদে ॥৭৩॥ লান্দা শিবা ফংলগা স্বর্গ অদুগা অর্জ্জুনগা উনগল্লগা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী থম্মোইবু পেলহনবা—হায়রিবঃ অনীসিতনা উদ্দেশ্য ওইদুনা সাত্যকিনা অকনবা মহারথী চামচামবু মাদুগী নুমিত্তু জয় তৌখি ॥৭৪॥ মহারাজ! থম্মোয় অমদি হকচাগী পাঙ্গন্দা কৃষ্ণ অর্জ্জুনমক্না মাম্নরবা সাত্যকিনা নোক্না নোক্না কৌরবলাম্মী অকনবশিং অদুবু জয় তৌখি ॥৭৫॥ মহারাজ। মতম অসিদা জগৎতা খ্বাইদগী কনবা হৈবা হায়রদু কৃষ্ণ অর্জ্জুন সাত্যকি অহুম অসিতনি হায়না কাওরিবনি। অহুম অসি নত্তনা মরিশুবা অকনবা অমা জগত্তা লৈত্রবনি ॥৭৬॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! ফরে কৃষ্ণগা মান্নবা কল্লবা সাত্যকিনা কৃষ্ণগী দারুকনা থৌবা রথদা তোংদুনা কর্ণবু রথ য়াওহনখিদবনি ॥৭৭॥ সঞ্জয় মতুংদা সাত্যকিনা কৃষ্ণগী রথ অদু থাদোকতুনা দারুক সারথিগা লোয়ননা অতোপ্পা অতৈ অমদা অমুক্ কাখৎখিবরা? ॥৭৮॥ সঞ্জয়! ঐ পুন্নমক্ অসি

## সঞ্জয় উবাচ।

শৃণু রাজন্। যথাবৃত্তং রথমস্তং মহামতিঃ। দারুকস্তানুজস্তূর্ণং কল্পতাবিধিকল্পিতম্ ॥৮৭॥
আয়সৈঃ কাঞ্চনৈশ্চাপি পট্টৈঃ সন্নদ্ধকুবরম্। তারাসহস্রখচিতং সিংহধ্বজপতাকিনম্ ॥৮১॥
অশ্বৈর্বাতজবৈর্যুক্তং হেমভাণ্ডপরিচ্ছদৈঃ। সৈন্ধবৈরিন্দুসঙ্কাশৈঃ সর্ব্বশব্দাতিগৈর্দৃঢ়ৈঃ ॥৮২॥
চিত্রকাঞ্চনসন্নাহৈর্ব্বাজিমুখ্যৈর্বিশাংপতে।। ঘণ্টাজালাকুলরবং শক্তিতোমরবিদ্যুতম্ ॥৮৩॥
যুক্তং সাংগ্রামিকৈর্দ্রব্যৈর্বহুশস্ত্রপরিচ্ছদম্। রথং সম্পাদয়ামাস মেঘগম্ভীরনিস্বনম্ ॥৮৪॥

(কুলকম্)

তং সমারুহ্য শৈনেয়স্তব সৈন্যমুপাদ্রবৎ। দারুকোঽপি যথাকামং প্রযযৌ কেশবান্তিকম্ ॥৮৫॥
কর্ণস্যাপি মহারাজ। শঙ্খগোক্ষীরপাণ্ডরৈঃ। চিত্রকাঞ্চনসন্নাহৈঃ সদশ্বৈর্বেগবত্তরৈঃ ॥৮৬॥

---

মথং শীৎনা তানিংই। চুপ্মি, সাত্যকি হায়বসি কৌরব পক্ষগী অকন্বশিংগী মকমদা খাঙহৈফম্ খোক্তবা মীশক্ অমা ওইগ্রে হায়না ঐনা থল্লি। সঞ্জয়! নহাক্ রারী লীবদা ওন্থোক্লা চঙখোল্লি। মথা লীথৌ তাসি ॥৭৯॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! কর্ণ সাত্যকিগী লান্ অসিদা খোকখিবা থৌদোক মথৈ মথংশীৎনা লীথজরগে পুরীং চঙনা তাবিয়ু ॥৮০॥ পুক্চেল চাউরবা দারুককী মনাও সারথিনা মকমতুদা রথ অমা পুশিল্লকই। দারুককী মনাও নিপা হৈশিংলবা সারথি অসিনা পুশিল্লক্লিবা রথ অসি য়াম্না নীঙথিনা কজনা সেম্ শারবা রথনি। রথ অদুগী মচাংদা মুণিমুক্তানা তঙুপ্তরেংনা থাম্মি। ফিরান্দা নোংশা য়েকই মচু মচুগী কিরাল মচা মচা থেৎলি। মায়কৈ অকোয়বদা শরীক মচা মচা য়াল্লি। চাকানা লৈপাক্ত তক্তনা লৈরক্ চৎলক্পা মতমদা লুম্না ঙংবা নোংগী মখোল্ মাল্লি। রথ অদুগী মচাং পুম্বা সনরুপ্প ফিনা য়েৎলি। রথ অদুগী মনুংদা থাঙ তানচিংবা লংলবা খুৎলায় মক্তনা পীক্থম্না হাপ্লি। মখোয় অদু নোংথাংগী মতৌগুম্না পূমলং লংঙি। খুৎলায়ত নত্তনা পোচ্চে অতৈ অতৈ কি-রোম্নচিংবসু য়াম্না হাপ্লি। রথ অসি চেন্বা মতমদা মুংশিংকী মমাঙ থাই। মাতুদা তোপ্প -নপ্পা মথৈ সনাগী সনামক্তনি। থাগী মঙালগুম্না রথগী মশাদু ঙৌরুনৈ। খুৎলাই মথল মথলগী য়াক্লবা খোঞ্জেলবু তাব-খঙবা ঙম্বা শগোল্ মরিনা চিংবা রথনি ॥৮১-৮৪॥ সাত্যকিনা অসিগুম্বা রথ অসিদা তোংখৎতুনা লাল চংখিবনি। সাত্যকিগী অসিগুম্বা রথদা দারুককী মনাও নিপানা সারথি ওইহৌরগা দারুক মশানা অমুক্ কৃষ্ণগী রথ তাম্না চৎখি ॥৮৫॥ মতম অদুদা কর্ণগী রথবুসু মাগী মনাই মশাজশিংনা শেম শাদনা পুশিল্লক্উ। রথ অদুগী মথক্তা সনা মরীতনা ভাম্ননা শাবা ঙৌরীনা তিংবা ফিরাল য়ুংঙি। রথ অসিগী মনুংদা খুৎলায় মথল্ মথল্ কাপ-থোকপা-লংথোরকপা য়াবা যন্ত্র (কল) অমা থম্মি। লালগী ফিজোল্ মথল্ মথল্ শুনা হাপ্লি রথ অসি শঙ্গোম্ অমদি মোইরুংগী মচুগুম্না ঙৌরবা শগোল মরিনা চিংঙি। য়াম্না হৈশিংলবা নিপা অমনা সারথি ওইবা রথনি কর্ণসু অসিগুম্বা রথ অসিদা তোংখৎতুনা লাঞ্জংঙি। মহারাজ!

হেমকক্ষাধ্বজোপেতং ক্লৃপ্তযন্ত্রং পতাকিনম্। অগ্র্যং রথং সুযন্তারং বহুশস্ত্রপরিচ্ছদম্ ।৮৭।

উপাজহ্রুস্তমাস্থায় কর্ণোঽপ্যভ্যদ্রবদ্রিপূন্। এতত্তে সর্ব্বমাখ্যাতং যন্মাং ত্বং পরিপৃচ্ছসি ।৮৮।

( বিশেষকম্ )

ভূয়শ্চাপি নিবোধেমং তবাপনয়জং ক্ষয়ম্। একত্রিংশত্তব সুতা ভীমসেনেন পাতিতাঃ।
দুর্ম্মুখং প্রমুখে কৃত্বা সততং চিত্রযোধিনম্ ।৮৯।

শতশো নিহতাঃ শূরাঃ সাত্বতেনার্জ্জুনেন চ। ভীষ্মং প্রমুখতঃ কৃত্বা ভগদত্তঞ্চ ভারত!।
এবমেষ ক্ষয়ো বৃত্তো রাজন্! দুর্ম্মন্ত্রিতে তব ।৯০।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে কর্ণসাত্যকিযুদ্ধে অষ্টাবিংশত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।০।

——:0:——

---

মহারাজনা হংলিবা পুন্না মথংশীৎনা খুমজরবনি ॥৮৬-৮৮॥ মহারাজ! হৌজিক্কি মহারাজগী কন্নবা নীতিদগী থোকখিবা তমৄথিরবা লানগী রারি মথা অদু তাবিয়ু মতম্ পুম্বদ লালঙঙ্, লাল্ শোক্ল মথল মথল হৈরবা, দুর্ম্মুখনচিংবা নচাঈ্ৎ্ৎোশিং কুন্থ্মাবোয়বু ভীমনা হাৎপ্ৰদে। ॥৮৯॥ অদুগা অর্জ্জুনসু অহান্বদা ভীষ্ম ভগদত্তনচিংবা অকন্বা কয়া হাৎপ্ৰবনি। অদুগা সাত্যকিনসু হন্দক্ক অকন্বা মমিং চৎলবা চাম-চাম হাৎপ্ৰবনি। ভরতনন্দন মহারাজ! মহারাজগী কুমন্ত্রণাদগী কৌরব তেঙ্গোন্সনা মথং মথং তুম্ব হৌপ্রবসিনি ॥৯০॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক্লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা কর্ণ সাত্যকিযুদ্ধগী কুন্নিপানশুবা অধ্যায় লোইরে ॥×॥

———

# শ্রীমহাভারতম্

## ঊনত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চামকুনমাপল্‌শুবা অধ্যায় ॥

( অর্জ্জুননা যুদ্ধভূমিবু য়েংবগী মতাং )

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ ।

তথাগতেষু শূরেষু তেষাং মম চ সঞ্জয় ।। কিং স্ম ভীমার্জ্জুনৌ তত্র সাত্যকির্ব্বাকরোত্তদা ।১।

### সঞ্জয় উবাচ

বিরথো ভীমসেনো বৈ কর্ণবাক্‌শল্যপীড়িতঃ । অমর্ষবশমাপন্নঃ ফাল্গুনং বাক্যমব্রবীৎ ।২।
পুনঃ পুনস্তুবরক ! মূঢ়কৌদরিকেতি চ । অকৃতাস্ত্রক ! মা যোৎসীর্ব্বাল ! সংগ্রামকাতর ! ।৩।
ইতি মামব্রবীৎ কর্ণঃ পশ্যতস্তে ধনঞ্জয় ।। এবং বক্তা চ মে বধ্যস্তেন চোক্তোঽস্মি ভারত ! ।৪।
এতদ্‌ব্রতং মহাবাহো ! ত্বয়া সহ কৃতং ময়া । যথৈতন্মম কৌন্তেয় ! তথা তব ন সংশয়ঃ ।৫।
তৎ পালয় নরশ্রেষ্ঠ ! স্মরৈতদ্বচনং মম । যথা ভবতি তৎ সত্যং তথা কুরু ধনঞ্জয় ! ।৬।
তচ্ছ্রুত্বা বচনং তস্য ভীমস্যামিতবিক্রমঃ । ততোঽর্জ্জুনোঽব্রবীৎ কর্ণং কিঞ্চিদভ্যেত্য সংযুগে ।৭।
কর্ণ ! কর্ণ ! বৃথাদৃষ্টে ! সূতপুত্রাত্মসংস্তুত !। অধর্ম্মবুদ্ধে শৃণু মে যত্ত্বাং বক্ষ্যামি সাম্প্রতম্ ।৮।
দ্বিবিধং কর্ম্ম শূরাণাং যুদ্ধে জয়পরাজয়ৌ । তৌ চাপ্যনিত্যৌ রাধেয় ! বাসবস্যাপি যুধ্যতঃ ।৯।

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায় ঃ— সঞ্জয় ! পাণ্ডব কৌরব পক্ষ অনীমক্কী অকনবা লান্মীশিংনা অমগা অমগা শোক্লগদবগী থোরাং তৌনরক্লবা মতমসিদা ভীম অর্জ্জুন সাত্যকি অহুম অসিনা করি করি তৌখি ? ॥১॥ সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ ! অতানবদা কর্ণনা ভীমবু রথ য়াওহন্দত্রনা থোঙমী অমওইহনখ্র-বনি ! অদুগা ফত্রবা তমথিরবা রাহৈনা ভীমবু কর্ণনা হন্না হন্না চৈথ্রবনি । মাহ্ন নীংশাঙজ্জুনা ভীমনা অর্জ্জুনদ হায়খি ॥২॥ অর্জ্জুন ! তাও ! কর্ণনা ঐঙোন্দা নকোইগী পান্দনা ' অপঙ্‌বা পুকচাউবা, খুৎলায়হৈতবা, মূর্খ লান্দা রাগনবা নং লান শোক্লনু মতৌক চাদে !" অসুম্না হন্না হন্না চৈথি ॥৩॥ অর্জ্জুন ! নং নৈনা-নৈনা, নংগী নমাঙমক্তদা কর্ণনা ঐঙোন্দা অসুম্না হায়খিবনি । মহাক্না ঐঙোন্দা হায়খিবা চৌখবসিনদি মতাক আস ঐনা হাৎকম্ থোক্লবনি অদুবু হাৎকম্ থোক্লবা মহাক্কুম্বনা ঐঙোন্দা অসুম্না চোঙখ্রে ॥৪॥ তাকনবা ! ঐগা নংগা নিয়ম অমা তোনখ্রে । মরম অদুনা অর্জ্জুন ! নিয়ম অদো ঐনা ভাকপগুম্না নংসু ভাক্কদবনি ॥৫॥ অদুনা রাশক ভাকউ হৌনবী মতুং ইন্না নংনা তৌগদবা থবকতু থ৺না পাঙথোক্উ ॥৬॥ ভীমসেনগী বা অসি তাবদা অর্জ্জুননা কর্ণদা লালকম্ অদুদা অসুম্না হায়খি ॥৭॥ কর্ণ ! কর্ণ ! অপঙবা সূত (সারথি)গী মচা মশাবু থাগৎচবা মূর্খ হায়বিগে তাও হে ॥৮॥ রাধাগী মচা ! লালগী জয় পরাজয় হায়বসে অকনবশিংগী

মুহুর্মুহুর্ধাবমানো বিরথো বিকলেন্দ্রিয়ঃ। অবধ্যস্ত্বমিতি জ্ঞাত্বা জিত্বা জীবন্ বিসর্জ্জিতঃ ॥১০॥
যদৃচ্ছয়া ভীমসেনং বিরথং কৃতবানসি। অধর্ম্মস্তেষ রাধেয়! যচ্চ ভীমমবোচথাঃ ॥১১॥
নারিং জিত্বা বিকত্থন্তে ন চ জল্পন্তি দুর্ব্বচঃ। ন চ কঞ্চন নিন্দন্তি সন্তঃ শূরা নরর্ষভাঃ ॥১২॥
ত্বন্তু প্রাকৃতবিজ্ঞানস্তত্তদ্বদসি সূতজ!। বহ্ববদ্ধমকল্যাঞ্চ চাপলাদপরীক্ষিতম্ ॥১৩॥
যুধ্যমানং পরাক্রান্তং শূরমার্য্যব্রতে রতম্। যদবোচোঽপ্রিয়ং ভীমং নৈতৎ সত্যং বচস্তব ॥১৪॥
পশ্যতাং সর্ব্বসৈন্যানাং কেশবস্য মমৈব চ। বিরথো ভীমসেনন কৃতোঽসি বহুশো রণে।
ন চ ত্বাং পরুষং কিঞ্চিদুক্তবান্ পাণ্ডুনন্দনঃ ॥১৫॥
যস্মাত্তু বহু রূক্ষঞ্চ শ্রাবিতস্তে বৃকোদরঃ। পরোক্ষং যচ্চ সৌভদ্রো যুষ্মাভির্নিহতো মম।
তস্মাত্তস্যাবলেপস্য সদ্যঃ ফলমবাপ্নুহি ॥১৬॥
ত্বয়া তস্য ধনুশ্ছিন্নমাত্মনাশায় দুর্ম্মতে!। তস্মাদ্বধ্যোঽসি মে মূঢ়! সভৃত্যসুতবান্ধবঃ ॥১৭॥

---

মকমদদি চপ মান্নবনি হৈ! ইন্দ্রমকস্থু করিগুম্বা মতমদা জয়, করিগুম্বা মতমদনা পরাজয় মকংবনি ॥৯॥ নং কাউরব্রা? নং রথ য়াওরুৎরবনি, নশাপুম্বা চোকথদুনা অশিবগুম্ রাম্থরুরবনি শিগদোবা খজিক্ত ভায়রুরবা নত্রা? ঐনা নংবু হাৎকে হায়দুনা রাশকলি হায়বসি. নীংশিং-ভক্তনা সাত্যকিনা নংবু নখ্াইদদি কনবিখিবা নত্রা? সাত্যকিনা মুংশিঃবিদুনা নংবু থাদোক-পীখিবনি ॥১০॥

অদুম্ তৌরিবৈঙেদা নংনা নরায়বক ফগনা য়াম্মুং ভীমসেনবু রথয়াওহন্দব ওমজখি। নংনা য়াম্মুং ভীমসেনদা য়াম্ন তাখিনা চৈদুনা মহাপাপকী থবক অম তৌরে ॥১১॥ ধর্ম্ম খঙ্না লাল শোক্লবা; অকনবা ওঝানাইবশিংনা য়েক্লববু ভয়্রগা মশাবু থাগচ্চদবনি। মাগী মথা পোল্লবা য়েক্লববু থক থীনা তৌদবনি, নিন্দা তৌদবনি, চৈথাংদবনি। নংদি অতোনবা জাতিগী মীনিনা মাদু খঙদে ॥১২॥ হে! সুতকী মচা! জাতি তোনবদুগুম্বনা নপুকচেলস্থু তোল্লে তৌববুদি চুম্মি, বিজ্ঞাকনা হৈদুনস্থু-ফন কন্দুনস্থু পুক্চেল পীকপা তোনবদুদি অদুম্মরৈগনি। ঐনা তৌরিবসি করিনো হায়বা থস্থদবা, অথকপা মীনা তুংমাংগী বিচার তৌদনা, তৌরিবা থবক্ অদুগা মরী (সম্বন্ধ) ঈরৈ লৈনদব রারেম্ য়াম্ন ভাওবনি ॥১৩॥ মপাঙ্গল মথোনা লৈরবা, হৌনবা খঙলবা য়াম্মুং ভীমসেননা নিয়ম কায়দনা লাম্ফেংনরি। মতম্ অদুদা নংনা লালগা মরম ঈরৈলৈনদবা রারেম্ ভাঙনা ভীমসেনদা থীনাচৈখি। অদুগা নংনা হায়খ্রিবশিং অদুদা অচুম্বগী শরুক্কি অমতমক্ য়াওদে ॥১৪॥ অস্থুক্ য়াম্বা লাম্মীশিং অসিগী মমাঙদা, ঐ-কৃষ্ণমক্কী মাঙদা অকন্বা য়াম্মুংয়ায়মনা নংবু কয়ারক্ হয়া রথয়াওহনখিদে—নীঙশিংত্রা? নংনা মায়থীবা ফংবা মতম্ অদুদা য়াম্মুং ভীমসেননা নতোল্লা চৈখিত্রা? রা-মচেৎ অমত ভাওদনা জয়-পরাজয় অনীবু থাওখিবনি ॥১৫॥ করে, য়াম্মুং ভীমদা চৈখিবদুগী অদুগা ঐ লৈচিং-উচিংবৈঙেদা ঈচা অভিমন্যু, হাৎপদা খুমাবা ওইথিবগী মহৈ অদো, পাপী নং ভসি ঐতোন্দগী ফংজবা তায়ে ॥১৬॥ হৈ! অপঙবা! সূত! নংনা অভিমন্যুগী

কুরু ত্বং সর্ব্বকৃত্যানি মহত্তে ভয়মাগতম্। হন্তাস্মি বৃষসেনং তে প্রেক্ষমাণস্য সংযুগে ॥১৮॥
যে চান্যেঽপ্যুপযাস্যন্তি বুদ্ধিমোহেন মাং নৃপাঃ। তাংশ্চ সর্বান্ হনিষ্যামি সত্যেনায়ুধমালভে ॥১৯॥
ত্বাঞ্চ মূঢ়কৃতপ্রজ্ঞমভিমানিনমাহবে। দৃষ্ট্বা দুর্যোধনো মন্দো ভৃশং তপ্স্যতি পাতিতম্ ॥২০॥
অর্জ্জুনেন প্রতিজ্ঞাতে বধে কর্ণসুতস্য তু। মহান্ সুতুমুলঃ শব্দো বভূব রথিনাং তদা ॥২১॥
তস্মিন্নাকুলসংগ্রামে বর্ত্তমানে মহাভয়ে। মন্দরশ্মিঃ সহস্রাংশুরস্তং গিরিমুপাগমৎ ॥২২॥
ততো রাজন্! হৃষীকেশঃ সংগ্রামশিরসি স্থিতম্। তীর্ণপ্রতিজ্ঞং বীভৎসুং পরিষ্বজ্যেদমব্রবীৎ ॥২৩॥
দিষ্ট্যা সম্পাদিতা জিষ্ণো! প্রতিজ্ঞা মহতী ত্বয়া। দিষ্ট্যা বিনিহতঃ পার্থ! বৃদ্ধক্ষত্রঃ সহাত্মজঃ ॥২৪॥
ধার্ত্তরাষ্ট্রবলং প্রাপ্য দেবসেনাপি ভারত!। সীদেত সমরে জিষ্ণো! নাত্র কার্য্যা বিচারণা ॥২৫॥
ন তং পশ্যামি লোকেষু চিন্তয়ন্ পুরুষং ক্বচিৎ। ঋতে পুরুষব্যাঘ্র! য এতদ্‌যোধয়েদ্বলম্ ॥২৬॥
মহাপ্রভাবা বহবস্ত্বয়া তুল্যাধিকাপি বা। সমেতাঃ পৃথিবীপালা ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য কারণাৎ ॥২৭॥
তে ত্বাং প্রাপ্য রণে ক্রুদ্ধা নাভ্যবর্ত্তন্ত দংশিতাঃ। তব বীর্য্যং বলঞ্চৈব রুদ্রশক্রান্তকোপমম্ ॥২৮॥

---

লীরুং ককৃপিখিবদো, লীরুংত্রবুত নত্তে নপুনশি কাওবা ককৃথচ্চরবনি। অহুনা নং অসি নংগী ননাই নশল, খোঙমী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা খুদক্ক হাংতোকপদা মতীক চায়ে ॥১৭॥ হৈ! নংনা শেম্‌শাগদবা শাজহো। নংগী অয়োইবা মতম্ নকশিল্লরুবনি থঙজো। ওসি নমাঙ্‌মক্তদা নচা বৃষসেনবু লোইথোকপিগে ॥১৮॥ ঐনা থবক অসি পাঙথোক্কে তোবদা ঈমাঙদা হোচিল্লক্‌নবা ঐগী থবক্ক য়েথায়ব পীরবমথেস্থ লোইনা হাংকনি। য়েঙ্! ক্ষত্রিয়মচা ঐনা খুংলায় চীক্‌না রাশক্লি! ॥১৯॥ অপঙবা! জাংনাইদবা! ওঝানাইনা, নিয়ম নাইনা, বিস্তা মপুংফানঃ তমদবা নাপল চাউবা নহাকপু লালদা মায়থীবা পীহনা ভুহল্লগা নংগী খুংশিজ্রবব মরুপ দুর্য্যোধননা রাজবদো—অদুতনি ঐনা য়েংগদবা ॥২০॥

কর্ণগী মচা বৃষসেনবু অর্জ্জুননা হাংকনি হায়দুনা রাশকখিবসি তাবদা কৌরব লাম্মীশিংনা, রথীশিং খোঙমীশিংনা হাহাকার লাউনখি ॥২১॥ অকিবগী মশক্ কংলবা লাম্না চথরকৃপ মতমসিদা নুমিৎসু অস্তাচল মরুমদা পূমথৈ থৈশিন্‌থ্রে ॥২২॥ মতম অসিদা জয়দ্রথ হাংত্তুনা রাশক থুংলবা অর্জ্জুনবু আলিঙ্গন তৌরগা কৃষ্ণনা অসুম্না হায়রকই ॥২৩॥ জিষ্ণু! লালতবা! অর্জ্জুন! নহাক চাউরবা অকিদগী মশক্ কংলবা রাশক অমবু ঙাকলেদো! মপা বৃদ্ধক্ষত্রগা লোয়ননা জয়দ্রথবু নংনা হাংলে ॥২৪॥ ভরত নন্দন! অর্জ্জুন! দুর্য্যোধনগী পৈরিবা অসিগুম্বা লাম্মী তেঙ্গোলগী মমাঙদা লাইমরী লাম্মীশিংনা চঙবা রানা থোক্কদোরিবনি। মাসিদা কয়িমত্ত চিংনকম থৈত্রবনি ॥২৫॥ নিপা অংথোইবা! অসিগুম্বা লাম্মী তেঙ্গোল মপৈসিগা শোরুবদি মরোল অহুম অসিগী মনুংদা নং, নত্তনা ঐ কনা অমত উত্রি ॥২৬॥ নংনা অগৎ অসিদা কন্‌বা মহেল্লে হায়বগী ঙাক্ নত্তে। নংগা মান্নবা, নংতোন্দ্রী হেনবা কয়াম্ দুর্য্যোধনগী তেঙ্গোল অসিদা য়াওরি ॥২৭॥ অহবু নংনা হেক্ চঙকপা মতমদা লালগী কিংঙাল খুংগাম

নেদৃশং শক্র্যাৎ কশ্চিদ্রণে কর্ত্তুং পরাক্রমম্। যাদৃশং কৃতবানদ্য ত্বমেকঃ শত্রুতাপনঃ ॥২৯॥
এবমেব হতে কর্ণে সানুবন্ধে দুরাত্মনি। বর্দ্ধয়িষ্যামি ভূয়স্ত্বাং বিজিতারিং হতদ্বিষম্ ॥৩০॥
তমর্জ্জুনঃ প্রত্যুবাচ প্রসাদাত্তব মাধব!। প্রতিজ্ঞেয়ং ময়া তীর্ণা বিবুধৈরপি দুস্তরা ॥৩১॥
অনাশ্চর্য্যো জয়স্তেষাং যেষাং নাথোঽসি কেশব!। ত্বৎপ্রসাদান্মহীং কৃৎস্নাং সম্প্রাপ্স্যতি যুধিষ্ঠিরঃ ॥৩২॥
তবৈষ ভারো বার্ষ্ণেয়! তবৈব বিজয়ঃ প্রভো!। বর্দ্ধনীয়াস্তব বয়ং প্রেষ্যাশ্চ মধুসূদন! ॥৩৩॥
এবমুক্তস্ততঃ কৃষ্ণঃ শনকৈর্বাহয়ন্ হয়ান্। দর্শয়ামাস পার্থায় ক্রূরমায়োধনং মহৎ ॥৩৪॥

## কৃষ্ণ উবাচ।

প্রার্থয়ন্তো জয়ং যুদ্ধে প্রথিতঞ্চ মহদ্যশঃ। পৃথিব্যাং শেরতে শূরাঃ পার্থিবাস্ত্বচ্ছরৈর্হতাঃ ॥৩৫॥
বিকীর্ণশস্ত্রাভরণা বিপন্নাশ্বরথদ্বিপাঃ। সংছিন্নভিন্নমর্ম্মাণো বৈক্লব্যং পরমং গতাঃ ॥৩৬॥
সসত্ত্বা গতসত্ত্বাশ্চ প্রভয়া পরয়া যুতাঃ। সঞ্জীবা ইব লক্ষ্যন্তে গতসত্ত্বা নরাধিপাঃ ॥৩৭॥

---

মতুনা থম্না শেমশাম্বা কৌরবকী নিংথৌ লাম্মীশিং অসিনা নংগী নমাঙদা লেপ্ল ঙমদে—অসিতনি। মশমদি লালকমদা নংগী পাঙ্গল, থৌনা অমদি শক্তিদি রুদ্র-ইন্দ্র-যমমকীগা অক্মানি ॥২৮॥ য়েক্সব ঙম্বা। ঙসিগী লান্দা নহাক্না উংথ্রিবা বিদ্যা অমদি নথৌনাসিঙম্বা অমত কনানম্ম উংখিদ্রি ॥২৯॥ য়েক্সবশিংবু মাম্নথীবা পীদুনা, কল্লকৃপশিংবু মাঙহল্দুনা কত্রবা কর্ণবু মাগী খোঙলোয় লাম্মীশিংগা লোয়ননা হেক হাৎপ মুমিৎ অদুদা ঐনা নংবু মতৌ অম্নম্না অমুক থাগৎকনি ॥৩০॥ মতম অসিদা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়রকই:--মাধব! নহাকী কৃপাদগী, নংগী নত্তেংদগী ঐনা লাইমক্না ঙাক্পদা রাম্নগদবা রাশককী ঈপাক অসি লাম্হোকপা ঙমজবনি ॥৩১॥ কেশব! নহাক্ নশামক্না লুচিংবা ওইদুনা, মপুওইদুনা লৈরিবা পক্ষ অদুনা শোয়দনা জয় ওইগনি হায়বসিদা করি ঙককম লৈবগে। নংগী থৌঙ্গান্দগী য়াম্মুং ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা পৃথ্বীগী (ভারতখণ্ড) অসিগী মপু ওইবা ঙমজরগনি হায়না আশা তৌরে ॥৩২॥ বৃষ্ণিনন্দন! কৃষ্ণ! থবক পুম্নসে নং নথত্তনা কোকথোংনানা পুজবা ভারনি। জয় ওইরিবসে ঐখোয়না নত্তে; নহাক্কি নংগী জয়নি। মধুসূদন! য়ারবা মতমদা নহাক্না খোগৎপি, পাঙ্গল হাপ্নি। পাত্তুগী মচা ঐখোয়সে নহাকী ননাইনি ॥৩৩॥ অসুম্ন অর্জ্জুননা কৃষ্ণবু লৈশি লৈথোল্লব তুংদা রথ মথক্তা অর্জ্জুনবু তপ্ন তপ্না কাখিদুনা লালকম অদুগী দৃশ্য অদু উহনথি ॥৩৪॥ কৃষ্ণনা হায়:—অর্জ্জুন! অকনবা নিংথৌ লাম্মী কম্না কম্নানা ইহলোকত জয়, অমদি মিংচৎ পরলোকত স্বর্গ ফংবগী আশাদা নংগী তেলগী মচীনদা মথ্বাই থা-থাদুনা লালকম্দা অরোইবা য়াহৌপ্ত হীপ্নি—য়েংঙু ॥৩৫॥ ফিজেৎলৈত্তেং পুম্বা পুমচাই চাইনা তারি। মাগী মাগী শগোল শামু সারথিনচিংব লোইনা তুমত্রে। কনা কনাগুম্বনা থজীন্-থম্নোয় হোগাইখিদুনা শিঙম্ নাঙমদনা থরো থরো ওল্লি, মথোঙ্ মথুং কাওরি ॥৩৬॥ শিত্রিবা-লাত্রিবা য়াওরি। অয়াম্বনা মথ্বায় য়াওদনা তুমিন্ন তারি। মথ্বাই থাবা থরনা কুইত্রিবশিং অসিনা মাম্নথোং মকায়ামনা তগৎ তগৎ তেক্না লৈরি।

তেষাং শরৈঃ স্বর্ণপুঙ্খৈঃ শক্তিভিশ্চ বিবিধৈঃ শিতৈঃ। বাহনৈরায়ুধৈশ্চৈব সংপূর্ণাং পশ্য মেদিনীম্ ॥৩৮॥
বর্ম্মভিশ্চর্ম্মভির্হারৈঃ শিরোভিশ্চ সকুণ্ডলৈঃ। উষ্ণীষৈর্মুকুটৈঃ স্রগ্‌ভিশ্চূড়ামণিভিরম্বরৈঃ। ॥৩৯॥
কণ্ঠসূত্রৈরঙ্গদৈশ্চ নিষ্কৈরপি চ সুপ্রভৈঃ। অন্যৈশ্চাভরণৈশ্চিত্রৈর্ভাতি ভারত। মেদিনী ॥৪০॥
(যুগ্মকম্)

স দর্শয়ন্নেব কিরীটিনেঽরিহা জনার্দ্দনস্তামরিভূমিমগ্রগা।
অজাতশত্রুং সমুপেত্য পাণ্ডবং নিবেদয়ামাস হতং জয়দ্রথম্ ॥৪১॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে অর্জ্জুনস্য যুদ্ধভূমিদর্শনে ঊনত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

——:(0):——

শিরবস্ত্র অহিংবা-শিক্রিবা ওইনা উই ॥৩৭॥ য়েংও, অর্জ্জুন। মথোয়সিগী সনানা, মণিমুক্তানা নীওথিনা থামলবা হাজং য়েরবা তেন্নচিংবা থৌর থৌরবা খুৎলায়শি অসিনা মাগী মাগী মনাক্ত পুম্‌চাই-চাইনা তারি। মসিমক্তনা লালকম অসি থোঙথাকম লৈশিন্নকৃত্রে ॥৩৮॥ "ভরতনন্দন! থাঙ-তা-চুঙ্গোয়, লালফুরিৎ, কোয়েৎ-মুছপ্, লৈপরেং, সনরীক পরেং কোক্ত থেৎপা মমল্ য়াম্রবা মণি কৃশমদশিনবা লৈতেং, খ্বাঙ্‌নপ, তাল, খুজী, খুদোপ, থবাকৃথাঙ,—মথোয়শিংসিনা লালকম লাইরেম্বীগী কীজোল লৈতেং ওইগ্রে" ॥৩৯-৪০॥ মতৌ অসুম্না য়েক্রবা হাৎঙম্বা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা লালকমগী দৃশ্য অদু উহন্ উহন্না চৎখিদুনা, ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী নাক্ত য়ৌখিদুনা জয়দ্রথ হাৎপগী পাউদমৃখি ॥৪১॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণ-পর্ব্বদা, জয়দ্রথবধদা "যুদ্ধভূমিদর্শন"গী কুম্মাপলুগবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

———

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চামকুনথরাশুবা অধ্যায় ।

( যুধিষ্ঠিরনা নুংঙাইবগী মতাং )

### সঞ্জয় উবাচ ।

ততো রাজানমভ্যেত্য ধর্ম্মরাজং যুধিষ্ঠিরম্ । আচচক্ষে প্রহৃষ্টাত্মা হতং পার্থেন সৈন্ধবম্ ॥১॥
দিষ্ট্যা বর্দ্ধসি রাজেন্দ্র ! হতশত্রুর্নরোত্তম ! । দিষ্ট্যা নিস্তীর্ণবাংশ্চৈব প্রতিজ্ঞামনুজস্তব ॥২॥
স ত্বেবমুক্তঃ কৃষ্ণেন হৃষ্টঃ পরপুরঞ্জয়ঃ । অবতীর্য্য রথাদ্রাজা পর্য্যষ্বজত কেশবম্ ॥৩॥
সংপ্রহৃষ্টমনা রাজন্ ! ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ । সংহৃষ্টেন্দ্রিয়চিত্তাত্মা নাশকদ্বক্তুমোজসা ॥৪॥
মুহূর্ত্তমিব হর্ষেণ তূষ্ণীং ভূত্বা মহামতিঃ । ততো হর্ষান্বিতো রাজা হর্ষাশ্রুপ্লুতলোচনঃ ।
উবাচ পরমপ্রীতঃ সগদ্গদমিদং বচঃ ॥৫॥
প্রিয়মেতদুপশ্রুত্বা ত্বত্তঃ পুষ্করলোচন ! । নান্তং গচ্ছামি হর্ষস্য তিতীর্ষুরুদধেরিব ॥৬॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ ! অদুগী তুংদা কৃষ্ণনা য়াম্না থরাই নুংঙাইনা যুধিষ্ঠিরগী নাক্ত থুংলদুনা অস্নুম্না হায়খিঃ—মহারাজ ! ননাও ঈবুঙো অর্জ্জুননা জয়দ্রথ হাৎলে ॥১॥ নিপা অথোইবা মহারাজ ! অচৌবা য়েক্নবা অম শিরে । লাইবক ফবনা মহারাজগী ওম্ভোক্ন উন্নতি অম ওইরে । মঙ্গল ওইবিরনি লাইবক ফবনা অর্জ্জুননা মাগী বাশক্ থুংলে ॥২॥ কৃষ্ণগী রা অসি তাবদা থোইদোক্না নুংঙাইরবা যুধিষ্ঠির অসি রথদগী ফদ হেক্ চোংথদুনা কৃষ্ণবু চেৎনা কোল্লি ॥৩॥ মহারাজ ! মতম অসিদা যুধিষ্ঠির অসি নুংঙাইমনখিবনা মীৎ পুক্নীং থম্মোয় অদুম অসিগী নুংঙাইববু কোংদোক্পা ঙমদনা, নুংঙাইবনা পাখৎখিদনা রা কন্ন ঙাঙবা ঙমখিদ্রে ॥৪॥ নুংঙাইবগী পিনা মীৎলু অনী থুম্হৎখিদুনা যুধিষ্ঠির অসি কৃষ্ণবু শংত্রিক্ শানা য়েংলগা মায়থোংমকারাম্না তুমিন্ন লৈ । ঙহাক্তং তুমিন্ন লৈরুরগা রাহৈ মচেৎ-মচেৎ ওইনা কৃষ্ণদা হায়খিঃ— ॥৫॥

থম্বাল লৈরাং লৈনাগুম্, কজব মিন্নানা লৈতেংবা ।
ঈপাকৃপু লানগে চোৎনবা, ইরোইরকপা মীহুনা,
ঈপাকৃকী চাংজো কংদবগুম্, কৃষ্ণ ! নংগী নপাউ তাবদা ।
যুধিষ্ঠির ঐগী থম্মোয়না, নুংঙাইবা ঈপাকী চাংজোবু
লাম্ব কংদরি জনার্দ্দন ! ওইঙমদববু ওইহনবও ! ॥৬॥

অত্যদ্ভুতমিদং কৃষ্ণ! কৃতং পার্থেন ধীমতা। ত্বয়া গুপ্তেন গোবিন্দ! ঘ্নতা পাপং জয়দ্রথম্ ॥৭॥
কিন্তু নাত্যদ্ভুতং তেষাং যেষাং ত্বং সমাশ্রয়ঃ। স্থিতঃ সর্বাত্মনা নিত্যং প্রিয়েষু চ হিতেষু চ ॥৮॥
ত্বাঞ্চৈবাস্মাভিবাশ্রিত্য কৃতঃ শস্ত্রসমুদ্যমঃ। সুরৈরিবাসুরবধে শক্রং শক্রানুজাহবে ॥৯॥
অসম্ভাব্যমিদং কর্ম্ম দেবৈরপি জনার্দ্দন!। ত্বদ্‌বুদ্ধিবলবীর্য্যেণ কৃতবানেব ফাল্গুনঃ ॥১০॥
বাল্যাৎ প্রভৃতি তে কৃষ্ণ!। কর্ম্মাণি শ্রুতবানহম্। অমানুষাণি দিব্যাণি মহান্তি চ বহূনি চ ॥১১॥
যদৈবানুগৃহীতাঃ স্মস্ত্বয়া স্নেহানুরাগতঃ। তদৈবাজ্ঞাসিষং শত্রূন্ হতান্ প্রাপ্তাঞ্চ মেদিনীম্ ॥১২॥
ইত্যুক্তৌ তৌ মহাত্মানাবুভৌ কেশবপাণ্ডবৌ। তাবব্রূতাং তদা কৃষ্ণৌ রাজানং পৃথিবীপতিম্ ॥১৩॥
তব কোপাগ্নিনা দগ্ধঃ পাপো রাজা জয়দ্রথঃ। উদীর্ণঞ্চাপি সুমহদ্ধার্ত্তরাষ্ট্রবলং রণে ॥১৪॥
হন্যতে নিহতঞ্চৈব বিনঙ্‌ক্ষ্যতি চ ভারত!। তব ক্রোধহতা হ্যেতে কৌরবাঃ শত্রুসূদন। ॥১৫॥
ত্বাং হি চক্ষুর্হণং বীরং কোপয়িত্বা সুযোধনঃ। সমিত্রবন্ধুঃ সমরে প্রাণাংস্ত্যক্ষ্যতি দুর্ম্মতিঃ ॥১৬॥
তব ক্রোধহতঃ পূর্ব্বং দেবৈরপি সুদুর্জ্জয়ঃ। শরতল্পগতঃ শেতে ভীষ্মঃ কুরুপিতামহঃ ॥১৭॥

---

কৃষ্ণ! নহাক্না ঈনাও অর্জ্জুনবু ঙাক্ শেন্‌বিদো। অদুমক্তনা অর্জ্জুননা মহা পাপী জয়দ্রথবু হাৎপা ঙম্বনি। নত্তোন্দদি থোইনা ঙকৃকম্ খোক্তে। ঙকচরিবদি ঐখোয়নি ॥৭॥ নহাক্না চ্যেকশিন্ন, নুনা নুংশিনা ঙাক্‌পিরিবা অদুগা নহাক্না আশ্রয় ওইদুনা লৈরিবা অদুগুম্ব মীশিংনা তৌজবা থবক অসিস্থ থোইনা ঙকৃকম্ থোক্তবরা হায়নস্থ থাল্লে ॥৮॥

উপেন্দ্র! য়াদব! অয়ামনা ইন্দ্রনা আশ্রয় ওইদুনা কল্লবা হিংচাবশিংগী মথক্ত থুংলায় থাং-গৎপদুগুম্না ঐখোয়স্থ নংঙোন্দা চঙজদুনা কল্লবা য়েক্লবশিংসিগী মথক্তা থুংলায় হাইগচ্চবা ঙম্বনি ॥৯॥ জনার্দ্দন! থবক অসে, দেবতাশিংমক্তদস্থ রানা থোক্কনি। অদুবু অর্জ্জুননা কৃষ্ণ নংগী বুদ্ধি অমদি পাঙ্গন্দা নপ্‌চদুনা ওইথোক্তবা থবক্ অসে পাঙ্‌থোকচবনি ॥১০॥ কৃষ্ণ! নহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী তৌরকপা অমদি তৌখিবা থবক্ অঙকপা, তাইবং মীনা তৌঙমদবা থবক-শিং অদো লোইনা রাগুনা তাথি ॥১১॥ অদুগুম্ব নহাকপু খঙ্‌নবা হৌবা নুমিত্তগী পাণ্ডুগী মচা ঐখোয়বু ননাই ওইদুনা য়াম্না নুংশিবা অদু উবদা মাঙখ্রবা ঈরৈপাক্ ফংদুনা অমুক্ হন্না রাজসম্পত্তি অমদি উন্নতি ফংঙক্কদোরবোরে—হায়না আশা তৌদুনা লৈরিবনি ॥১২॥ যুধিষ্ঠিরনা অস্থুম্না হায়রবদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনস্থ যুধিষ্ঠিরদা অস্থুম্না হায়খিঃ—॥১৩॥ নত্তে মহারাজ! ধর্ম্মচেল্লবা ধর্ম্মরাজ য়াম্মুংগী অশাউবগী মৈনা পাপী জয়দ্রথবু চাক্‌থেক্‌চখিবনি ॥১৪॥ ভরতবংশগী নুংঙাই-ননবগী মশক্ ওইরবা! ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিং অয়াম্বা অগুগা মখোয়গী লান্মীশিং অয়াম্ব তুমগ্রে, তুমশিল্লি অদুগা খিক্কনু ঙাম্বরে তুমগদবা। য়েক্লবা চাক্‌থেকঙম্বা মহারাজ! লৈরিবা কৌরব লান্মীশিং অসিস্থ মহারাজগী অশাউবগী মৈনুংদা চোংশিন্ চোংশিন্দুনা লোইনা উৎ ওইথিগদৌ-রিবনি ॥১৫॥ মহারাজ! মহারাজদি অকন্‌বনি, য়েংথোকখিবতদা য়েক্লবমপৈবু মীকুপ্ত তুমহন্‌বা ঙম্বিবনি। অদুনা ফত্রবা পাপী দুর্য্যোধন অসে মহারাজগী থম্মোয়দা মশা মথন্তনা মৈ থাগচ্চদুনা

দুৰ্লভো হি জয়স্তেষাং সংগ্ৰমে রিপুসূদন।। যাতা মৃত্যুবশং তে বৈ যেষাং ক্রুদ্ধোহসি পাণ্ডব! ।১৮।
রাজ্যং প্রাণাঃ প্রিয়াঃ পুত্রাঃ সৌখ্যানি বিবিধানি চ। অচিরাত্তস্য নশ্যন্তি যেষাং ক্রুদ্ধোহসি মানদ! ।১৯।
বিনষ্টান্ কৌরবান্ মন্যে সপুত্রপশুবান্ধবান্। রাজধর্ম্মপরে নিত্যং ত্বয়ি ক্রুদ্ধে পরন্তপ! ।২০।
ততো ভীমো মহাবাহুঃ সাত্যকিশ্চ মহারথঃ। অভিবাদ্য গুরুং জ্যেষ্ঠং মার্গণৈঃ ক্ষতবিক্ষতৌ।
ক্ষিতাবাস্তাং মহেষ্বাসৌ পাঞ্চাল্যৈঃ পরিবারিতৌ ।২১।
তৌ দৃষ্ট্বা মুদিতৌ বীরৌ প্রাঞ্জলী চাগ্রতঃ স্থিতৌ। অভ্যনন্দত কৌন্তেয়স্তাবুভৌ ভীমসাত্যকী ।২২।
দিষ্ট্যা পশ্যামি বাং শূরৌ বিমুক্তৌ সৈন্যসাগরাৎ। দ্রোণগ্রাহদুরাধর্ষাদ্ধার্দ্দিক্যমকরালয়াৎ ।২৩।
দিষ্ট্যা চ নির্জ্জিতাঃ সংখ্যে পৃথিব্যাং সর্ব্বপার্থিবাঃ। যুবাং বিজয়িনৌ চাপি দিষ্ট্যা পশ্যামি সংযুগে ।২৪।
দিষ্ট্যা দ্রোণো জিতঃ সংখ্যে হার্দ্দিক্যশ্চ মহাবলঃ। দিষ্ট্যা বিকর্ণিভিঃ কর্ণো রণে নীতঃ পরাভবম্।
বিমুখশ্চ কৃতঃ শল্যো যুবাভ্যাং পুরুষর্ষভৌ। ।২৫।
দিষ্ট্যা যুবাং কুশলিনৌ সংগ্রামাৎ পুনরাগতৌ। পশ্যামি রথিনাং শ্রেষ্ঠাবুভৌ যুদ্ধবিশারদৌ ।২৬।

---

মাহুদা চোংশিন্দুনা মাঙজগদৌরিবনি ॥১৬॥ লাইশিং মক্না মমাঙদা লেপপা ঙম্খিদবা ঈবুধৌ ভীষ্মবু কনানা লান্দা তুহন্বা ঙমগদগে; মহারাজগী অশাউবগী মৈশা লাংতুনা শরশয্যাথক্তা পুন্শিগী অরোইবা পুংক্ষম ঙাইতুনা লৈরিবনি ॥১৭॥ পাণ্ডুনন্দন মহারাজ! য়েক্নব-চাকথেকহৈবা! শাউগ্রবা মাহারাজদা য়েংথিবা তৌজররবা, মহারাজগুম্বদা দোষ লঙজরকপা মখোয় অহুগী জয়ওইবগী মহারাজনা আশাদি থম্বু থমবিথো; মখোয় অহুবু "অশিবা" (মৃত্যু) হায়বত্তুনা উম্গদবগী ঙায়হুনা লৈরবনি ॥১৮॥ ঈকায়খুম্নবিবা য়াবা মীশকত ঈকায়খুম্নহৈব মহারাজ! মহারাজনা অথাব মীৎয়েংনা অমুক্তং য়েংবিগ্রবা মী মহাক অহুগী মরন-মথুম্, মথ্বাই, শাগৈনাতৈ মচা-মশূ লোইন মীকুপ্ত মাঙহগদৌরিবনি ॥১৯॥ য়েক্নববু অরাবপীঙম্বা! মহারাজদি মুমিৎচুপ্প ধৰ্ম্মগী লীকলম্ কায়দনা চৎপিবনি। ধর্ম্মগী মূর্ত্তি ওইবা মহারাজনা শাউবিগ্রবনিনা কৌরবশিং অসে মচা-মশূ মরল মথ্মপা লোয়ননা মাঙলবগুম্বনি হায়না থল্লি ॥২০॥ অসুম্না রারী শাম্নরিঙৈদা ভীমগা সাত্যকিগা অনী অসি, লাল কম্ন থেনক্নবগী মশাহু ঈহো-হোগায়হুনা গুরু অমদি ময়াম্বা থোক্লবা যুধিষ্ঠিরগী মকম্দা চঙঙক্না খুরুম্মি; অহুদগী চপ্ লেপ্তুনা লৈ ॥২১॥ য়াম্না হরাউনা অনীসিনা চপ্ লেপ্তুনা লৈবহুদা যুধিষ্ঠিরনা অকনবা অনীহুবু তরাম্ তরাম্না স্বাগত তৌই ॥২২॥

অকনবা অনী! ঐনা লাইবকফবনা কৌরব তেঙ্গোল্ ঈপাকপু লাম্হোক্তুনা লাক্লবা অকনবা অনীবু অমুক্ উবা ফংজরবনি কৌরব তেঙ্গোল হায়বহদি চুম্নগী তেঙ্গোল নত্তে, ঈপাক্মক্কি মরমদি ঈপাক্ অদো, দ্রোণ কৌরব অকিবগী মশক ফংলবা জলজন্তুগী অমদি লাকঙম কাঙম্ব্রবা কৃতবর্ম্মা কৌবা কুম্ভীরগী মৈকমনি ॥২৩॥ ঐনা ঈরায়বক ফবনা অকনবা নখোয়না পৃথিবীগী অকনবা মখৈবু জয় তৌরবনি। ঐনা ঈরায়বক্ ফবনা লাল জয় তৌবগী মুংঙাইজবা অবস্থা অসীদা অকনবা নখোয়বু উজবা ফংবনি ॥২৪। অথোইবা নিপা অনী! লাইবক্ ফবদগী নখোয়নস্থু কল্লবা কৃতবর্ম্মাদু জয়তৌবা ঙম্নবনি। খুৎলায়তনা কর্ণবু মায়থীব পীরবনি, শল্যবু মমায় ওন্দুনা

মম বাক্যকরৌ বীরৌ মম গৌরবযন্ত্রিতৌ। সৈন্যার্ণবং সমুত্তীর্ণৌ দিষ্ট্যা পশ্যামি বামহম্ ॥২৭॥
সমরশ্লাঘিনৌ বীরৌ সমরেষ্বপরাজিতৌ। মম প্রাণসমৌ চৈব দিষ্ট্যা পশ্যামি বামহম্ ॥২৮॥
ইত্যুক্ত্বা পাণ্ডবো রাজা যুযুধানবৃকোদরৌ। সস্বজে পুরুষব্যাঘ্রৌ হর্ষবাষ্পং মুমোচ হ ॥২৯॥
ততঃ প্রমুদিতং সর্ব্বং বলমাসীদ্বিশাংপতে। পাণ্ডবানাং রণে হৃষ্টং যুদ্ধায় তু মনো দধে ॥৩০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

জয়দ্রথবধে যুধিষ্ঠিরহর্ষে ত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

চেলহল্লবনি ॥২৫॥ কল্লবা রথী অথোইবা নখোয়বু যুধিষ্ঠির ঐনা অমুক উজবা ফংলবনি ॥২৬॥ অকনবা অনী ঐগী য়াথং পুন্থনা, ঐগী সম্মান ঙাকপিন্থনা নখোয় অনীনা নথ্বাই পাম্মুদনা চাংজৌ নাইত্রবা কৌরব তেঙ্গোল ইপাকপু লাম্থোক্তুনা হল্লক্লিবসি ঈমিৎনা উজরবনি ॥২৭॥ লান্দা হন্দবা, মমাঙ্গবনা লাকচবা য়াদবা, লান্দ মায়থীবা ফংত্রিবা অকনবা নখোয় অনীদ ঐনা ঐগী থৱাইদগী হেন্না নুংশিজৈ। নখোয় অনীবু অমুক উজবসে, ঐগী লাইবক ফবদগীনি ॥২৮॥ অসি হায়ন-হায়না যুধিষ্ঠিরনা সাত্যকি ভীম অনীবু কোল্লি মকোক্ত নান্দুনা মনম নম্মি, যুধিষ্ঠিরগী মীৎলু অনীদগী হৱাউ নুংঙাবগী তারকপা পি মরীক মরীকনা অকনবা অনীগী কোকথক্ত তারি ॥২৯॥ মহারাজ পাণ্ডব পক্ষগী লান্মী অতৈ অতৈনস্নু পাউ অসি ফংবনা থোইদোক্না হৱাউনখি। অতুদগী অমুক মথাগী লাল মথং অম শোক্নবগী মরমদা পুকনীং চঙন থম্মি ॥৩০॥

মকম্ অসীদা শ্রীমহাভরতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধ" গী মনুংদা যুধিষ্ঠিরহর্ষগী চামকুম্থাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥

—০—

# শ্রীমহাভারতম্

## একত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চামকুহ্ ্‌াশুবা অধ্যায়

( দ্রোণগা দুর্যোধনগা য়াতানবা )

**সঞ্জয় উবাচ ;**

সৈন্ধবে নিহতে রাজন্! পুত্রস্তব সুযোধনঃ। অমন্যতার্জ্জুনসমো ন যোধো ভুবি বিদ্যতে ॥১॥
ন দ্রোণো ন চ রাধেয়ো নাশ্বত্থামা কৃপো ন চ। ক্রুদ্ধস্য সমরে স্থাতুং পর্য্যাপ্তা ইতি মারিষ! ॥২॥
নির্জিত্য হি রণে পার্থঃ সর্বান্ মম মহারথান্। অবধীৎ সৈন্ধবং সংখ্যে ন চ কশ্চিদবারয়ৎ ॥৩॥
সর্বথা হতমেবেদং কৌরবাণাং মহদ্বলম্। ন হ্যস্য বিদ্যতে ত্রাতা সাক্ষাদপি পুরন্দরঃ ॥৪॥
যমুপাশ্রিত্য সংগ্রামে কৃতঃ শস্ত্রসমুদ্যমঃ। স কর্ণো নির্জিতঃ সংখ্যে হতশ্চৈব জয়দ্রথঃ ॥৫॥
পরুষাণি সভামধ্যে প্রোক্তবান যো হি পাণ্ডবান্। স কর্ণো নির্জিতঃ সংখ্যে সৈন্ধবশ্চ নিপাতিতঃ ॥৬॥
যস্য বীর্য্যং সমাশ্রিত্য শমং যাচিতমচ্যুতম্। তৃণবত্তমহং মন্যে স কর্ণো নির্জিতো যুধি ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ! জয়দ্রথ হাৎপ্রবত্তুদা, দুর্য্যোধননা—পৃথিবীদা অর্জ্জুনগা মান্নবা অকনবা অম লৈত্রবোরে হায়না খনখি ॥১॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! অর্জ্জুননা শাউরক্রবদা দ্রোণ, কর্ণ, অশ্বত্থামা অমুগা কৃপ—মথোয়সিনা মহাক্কী মমাঙ্দা লেপ্পা ঙম্দবোরে হায়বসীমগা দুর্য্যোধননা খনখি ॥২॥ "ঐগী কল্লবনি হায়রিবা লাম্না মহারথী কয়াবু জয় তৌদুনা মথন্তনা জয়দ্রথবু হাৎখিবাসনদি অদুগা মহাক্পু কনা অমতনা থিংবা ঙমদবসিনদি মহাক্কা মান্নবা কনবা অম লৈত্রবোইরে"—অম্মুম্মু দুর্য্যো-ধননা খনখি ॥৩॥

আঃ! ওম্মোকপনি! অমুক্ চাউপ্রবা, ঐগী কৌরব তেংগোলবু জয় তৌগ্রে! মাসিবু ঙাকৃপি শেনবিনবা কনা অমত্ত লৈতে। অর্জ্জুনগী মথুত্তগী ইন্দ্র কাওবনা কৌরব তেংগোলবু কনখিবা ঙম্মোইদৌরি ॥৪॥ মা লৈ হায়দুনা, মাগী মথক্ত আশা পূম্ব থম্দুনা ঐখোয়না, খুৎলায় পায়-খৎখিবা কর্ণ অদুম্ম পরাজয় কংদুনা লৈগ্রে। অদুগা জয়দ্রথম্মু শিরে ॥৫॥ চৌবম সভাদা পাণ্ডবশিংদা অয়াকপা ঙথীবা য়া কয়া হায়খিবা কর্ণনা মায়থীবা কংদুনা য়েশিন্দুনা লৈখোক্গ্রে। জয়দ্রথম্মু হাত্তোক্হনগ্রে ॥৬॥

কৃষ্ণমক্না হায়জবা লাকপদা, মহাক্ লৈরি খন্দুনা
কৃষ্ণমক্কী পাজলবু, নাপীগুম্ ঐনা খন্দুনা
কৃষ্ণনা হৌদোকপা সন্ধিবু, ঐনা থোইনা তাখিদে
অদুম্ম কর্ণনা ঊরায় লায়না, লৈগ্রে মায়থীবা কংদুনা ॥৭॥

এবং ক্রান্তমনা রাজন্ পায়াদ্দ্রোণমীক্ষিতুম্। আপপ্লুৎ সর্ব্বলোকস্য ভরতর্ষভ ॥৮॥
ততস্তৎ সর্বমাচখ্যৌ কুরূণাং বৈশসং মহৎ। পরান্ বিজয়তশ্চাপি ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ নিমজ্জতঃ ॥৯॥

## দুর্য্যোধন উবাচ।

পশ্য মূর্দ্ধাভিষিক্তানামাচার্য্য! কদনং মহৎ। কৃত্বা প্রমুখতঃ শূরং ভীষ্মং মম পিতামহম্ ॥১০॥
তং নিহত্য প্রলুব্ধোঽয়ং শিখণ্ডী পূর্ণমানসঃ। পাঞ্চালৈঃ সহিতঃ সর্ব্বৈঃ সেনাগ্রমভিবর্ত্ততে ॥১১॥
অপরশ্চাপি দুর্দ্ধর্ষঃ শিষ্যস্তে সব্যসাচিনা। অক্ষৌহিণীঃ সপ্ত ভিত্বা হতো রাজা জয়দ্রথঃ ॥১২॥
অস্মদ্বিজয়কামানাং সুহৃদামুপকারিণাম্। গন্তাস্মি কথমানৃণ্যং গতানাং যমসাদনম্ ॥১৩॥
যে মদর্থং পরীপ্সন্তে বসুধাং বসুধাধিপাঃ। তে হিত্বা বসুধৈশ্বর্য্যং বসুধামধিশেরতে ॥১৪॥
সোঽহং কাপুরুষঃ কৃত্বা মিত্রাণাং ক্ষয়মীদৃশম্। নাশ্বমেধসহস্রেণ পাতুমাত্মানমুৎসহে ॥১৫॥
মম লুব্ধস্য পাপস্য তথা ধর্ম্মাপচায়িনঃ। ব্যায়চ্ছন্তো জিগীষন্তঃ প্রাপ্তা বৈবস্বতক্ষয়ম্ ॥১৬॥
কথং পতিতবৃত্তস্য পৃথিবী সুহৃদাং দ্রুহঃ বিবরং নাশকদ্দাতুং মম পার্থিবসংসদি ॥১৭॥

---

মহারাজ! মতৌ অসুম্না কর্ণনা রাম্না শুংঙাইতনা মায়থোং লাংশিন্ন চিন্তা তৌ-তৌহুনা দ্রোণগী নাক্ ভাম্ন চৎখি ॥৮॥ অদুগী তুংদা, "ধার্ত্তরাষ্ট্র (ঈপা ধৃতরাষ্ট্রনা পোকপা) মখৈ খুদোং থীবগী ঈপাক্ত লূপখ্রে। কৌরবপক্ষগী শাখিনা তম্‌খিনা মাঙবা হায়বহ্ন ওইরে" অসিনচিংবা হায়দুনা দুর্য্যোধননা দ্রোণদা পাউদমখি ॥৯॥ দুর্য্যোধননা হায়:—"গুরুদেব! য়েংবিয়ু! ঈবুঙৌ ভীষ্মনচিংবা অকনব ক্ষত্রিয়াশংগী মহামায়ী [লাইনা অচৌবা অম থোক্লরে!" ॥১০॥ য়েংবিয়ু গুরুদেব! শিখণ্ডী হায়বা অসিনা ভীষ্ম পিতামহবু হাত্তূনা নহানমুকী মপোক্নী রাশক থূংহুনা ঈপুং শুংঙাইনা পাঞ্চালসাম্নীশিংগা লোয়ননা পাণ্ডবতেঙ্গোলগী মচীন্দ লৈখ্রে। ॥১১॥ ঐগী হৌজিক লৈরিবা অক্ষৌহিণী তরেৎপূ নমথেক্তূনা জয়দ্রথবু হাংখ্রিবা, গুরুদেবগী শিষ্য অসিমক কনা অমত্তনা লাকঙম কাঙম্মরোই ॥১২॥ ঐগী কনবত থল্লম্বা, মরুপ মপাং অকনবা কয়ানা ঐগী দমক্ত লাল শোক্লরম্লগা যমালয়দা চৎখ্রে। ঐনা মতৌকরম্না মখোয়গী লমন শিংগনি ॥১৩॥ ঐগী দমক্তা পৃথিবী পূম্বগী সিংহাসনগী আশা তৌদুনা লালশোক্লরম্বা কল্লবা নিংপৌশিংনা মশা-মশাগী ঐশ্বর্য্য থাদোক্তূনা লালকম্ লৈমায়বক্ত পুনশিগী অরোইবা য়াহৌপু তৌখ্রে ॥১৪॥

পাণ্ডদ্রবা, কত্রবা ঐনা মরুপ মপাঙ্ পূম্বা মাঙহন্দুনা তৌরিবা পাপ অসে, অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশিং অমা তৌহুনস্ন কোকৃপরোই ॥১৫॥ ঐসি মহালোভীনি, পাপীনি, ধর্ম্মবু মাঙহনবনি। মরম্ অদুমক্তুনা ঐগী জয় ওইনবতা হোৎনবিরম্বা কল্ল কল্লবা নিংথৌ লাম্নীশিংনা ঐগী হাক্তক্তগী যমালয়দা চৎখ্রবনি ॥১৬॥ ঐদি গুরুদেব! মহা লৈথা তারবা পতিত ওইরবা মীনি! লমচত্ত ব্যবহারদা লৌখৎকম্ লৈত্রবা মীনি, মিত্রদ্রোহীনি নত্রবদবু অদুঙৈগী রাজসভা অদুমক্তদা পৃথ্বী মাতামক্তা চাউরবা লৈত্রক্ লৈখুন্ অমা পূথোক্তূনা ঐবু থৌশিন্‌বিখিজিবা করিগীনো? অমাংবা

যোঽহং রুধিরদিগ্ধাঙ্গং প্রাজ্ঞং মধ্যে পিতামহম্। শয়ানং নাশকং দ্রোতুং ভীষ্মমায়োধনে হতম্ ॥১৮॥
তং মানবার্য্যপুরুষং মিত্রদ্রোহমধার্ম্মিকম্। কিং স বক্ষ্যতি দুর্দ্ধর্ষঃ সমেত্য পরলোকজিৎ ॥১৯॥
(যুগ্মকম্)

জলসন্ধং মহেষ্বাসং পশ্য সাত্যকিনা হতম্। মদর্থমুদ্যতং শূরং প্রাণাংস্ত্যক্ত্বা মহারথম্ ॥২০॥
কাম্বোজং নিহতং দৃষ্ট্বা তথালম্বুষমেব চ। অন্যান্ বহূংশ্চ সুহৃদো জীবিতার্থোঽদ্য কো মম ॥২১॥
ব্যাবৃত্তা নিহতাঃ শূরা মদর্থে যেঽপরাঙ্মুখাঃ। যতমানাঃ পরং শক্ত্যা বিজেতুমহিতান্ মম ॥২২॥
তেষাং গত্বাহমানৃণ্যমদ্য শক্ত্যা পরন্তপ। তর্পয়িষ্যামি তানেব জলেন যমুনামনু ॥২৩॥
(যুগ্মকম্)

সত্যং তে প্রতিজানামি সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বর। ইষ্টাপূর্ত্তেন চ শপে বীর্য্যেণ চ সুতৈরপি ॥২৪॥
নিহত্য তান্ রণে সর্ব্বান্ পাঞ্চালান্ পাণ্ডবৈঃ সহ। শান্তিং লব্ধাস্মি তেষাং বা রণে গত্বা সলোকতাম্ ॥২৫॥
সোঽহং তত্র গমিষ্যামি যত্র তে পুরুষর্ষভাঃ। হতা মদর্থং সংগ্রামে যুধ্যমানাঃ কিরীটিনা ॥২৬॥
নহীদানীং সহায়া মে পরৈঃ সন্ত্যনুপস্কৃতাঃ। শ্রেয়ো হি পাণ্ডূন্ মন্যন্তে ন তথাস্মান্ মহাভুজ ॥২৭॥

---

ঐবু পৃথীমাতা মক্না লৌশিন্বিনীংজ্রবনি গুরুদেব। ॥১৭॥ ঈবুধৌ কল্লবা ভীষ্মনা ঈহং নাইহং শাদুনা তেক্কপা য়াওননদুনা তেলগী শয্যাথক্তা মতমত ভাইদুনা চেপ্তুনা লৈবিখ্রে। পাপী ঐনা ঈবুংধৌ ভাকশেল্লবা কাওবা ভমজ্রি। অদুগা ঐনা হৌজিক্ ঈবুধৌগী নাক্ত চৎলুরগা, ঈবুধৌদদা মহাবক্রবা, মিত্রদ্রোহী-মরূপ হাৎপা, শাগৈ মৃৎহন্বা, ধর্ম্মগী লেশমাত্র য়াওদ্রবা ঐবু কৌবিরমখিগদ্রা? করম্ হায়না ঐনা ঈবুধৌগী মাঙদা লেপ্পগনি? ॥১৮-১৯॥ গুরুদেব! নীঙশিংবিয়ু! কল্লবা মহারথী জলসন্ধনা মথরাই পাম্মুদনা লাল শোরুদুনা ঐগী দমক্ত মথরাই থাখি। সাত্যকিনা মহাক্পু হাৎখি ॥২০॥ অদুগী তুংদা কাম্বোজগী নিংথৌ সুদক্ষিণ, নিংথৌ অলম্বুষ অদুগা মাসি নত্তবা অৎকুয়াম্বা কল্লবা মরূপ্শিং অদু হাৎতোকহনগ্রগা ঐনা হৌজক হিংদুনা লৈহৌবগী করি কান্নরি? ॥২১॥ য়েক্নবা ভম্বা গুরুদেব! অকন্বশিং অদুনা মথরাই খুবাক্তা হাপ্পুনা মানা-মানা ভম্বা শক্তিনা লাম্থেংনরম্লগা ঐগী মাঙদা ঐগী দমক্ত মথরাই থাবিখি। ভসি ঐনা মখোয়না তৌবিরম্বা অদুগী লমন্ কোক্নবা জলাঞ্জলি থরদংতনা ওইরবস্থু যমুনাদা তর্পণ তৌজগে ॥২২-২৩॥ খুৎলায় পায়বগী মন্নুংদা অথোইবা ওইরবা গুরুদেব! ঐ ভসি গুরুদেবগী মাঙদা, ঐনা তৌজরকপা যাগ যজ্ঞদান ধর্ম্ম পুন্নমকতুগী মহৈ কথোকতুনা অদুগা ঐগী ঈপাজন্ ঈচাঈশূ পুন্নমক্পু য়েংদুনা, মখোয়গী মুংশিবদুদুস্থু থাদোবতুনা রাশকচরি —॥২৪॥ ঐ ঈশামক্ ঐগী লৈজবা শক্তি পুথোকতুনা পাণ্ডবশিংগা পাঞ্চালশিংসিগা শোরদুনা লাল্ অদুদা থরাই থাদুনা সংসার অসিদগী শান্তি ফংজগ্রগনি। অকনবশিংনা নীঙহন্নদবা লান্দা থরাই থারগা ফংজখিবা ধাম অদদা ঐস্থু চক্তগ্রগনি ॥২৫॥ অকন্বশিং অদুনা অর্জ্জুনগী মখুত্তা মথরাই পীথোকলমলগা চৎখ্রিবা মফম্ অদুদা ঐস্থু চক্তগ্রগনি ॥২৬॥ অকন্বা! য়েক্নবদা খুৎলোননদবা

স্বয়ং হি মৃত্যুবিহিতঃ সত্যানন্দেন সংযুগে। তথাম্যুপেক্ষাং কুরুতে শিষ্যত্বাদর্জুনস্য হি ॥২৮॥
অতো বিনিহতাঃ সর্বে যেঽস্মজ্জয়চিকীর্ষবঃ। কর্ণমেব তু পশ্যামি সংপ্রত্যাস্মদ্ধিতৈষিণম্ ॥২৯॥
যো হ্যমিত্রেরবিজ্ঞায় যাথাতথ্যেন মন্দধীঃ। মিত্রার্থে যোজয়ত্যেনং তস্য সোঽর্থোঽবসীদতি ॥৩০॥
তাদৃগ্‌রূপং কৃতমিদং মম কার্য্যং সুহৃদ্‌ব্রুবৈঃ। মোহাল্লুব্ধস্য পাপস্য জিহ্মাচারৈঃ সমন্ততঃ ॥৩১॥
হতো জয়দ্রথশ্চৈব সৌমদত্তিশ্চ বীর্য্যবান্। অভীষাহাঃ শূরসেনাঃ শিবয়োঽথ বসাতয়ঃ ॥৩২॥
সোঽহমদ্য গমিষ্যামি যত্র তে পুরুষর্ষভাঃ। হতা মদর্থং সংগ্রামে যুধ্যমানাঃ কিরীটিনা ॥৩৩॥
ন হি মে জীবিতেনার্থস্তানৃতে পুরুষর্ষভান্। আচার্য্যঃ পাণ্ডুপুত্রাণামনুজানাতু নো ভবান্ ॥৩৪॥

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

সিন্ধুরাজে হতে তাত! সমরে সব্যসাচিনা। তথৈব ভূরিশ্রবসি কিমাসীদ্বো মনস্তদা ॥৩৫॥

---

হায়জদবা, অহগুম্ব। ঐগী সহায় ওইবিগদবা অহগুম্ব। মীশক্‌শিং অদে। হৌজিক্ ঐগীনি হায়বা লৈত্রে। পাণ্ডবশিংগী মঙ্গল ওইননবা জয় ওইননবা খনবিবা মীশক্ য়াম্বা অহুপ্ ঐগীদি লৈত্রে; অমতা কাওবা লৈত্রে হায়বা য়াই। মখোয়গী কননবা খনবিবগুম্না খনবিনবা ঐগী হৌজিক কনা অমতা লৈত্রে ॥২৭॥ গুরুদেব! য়েংবিয়ু ঈবুধৌ ভীষ্মনা মশা মখস্তনা শিজনবা উপায় অদো মপুং মপুংদা পাণ্ডবশিংদা তাক্‌পিরমগে। অদুগা গুরুদেবমকপু হৌজিক্, গুরুদেবগী থাংগৈশেংনা সুংশীবিবা শিষ্যদি অর্জুনতনা ওইবনিনা ঐখোয়বু খোইনা খোওইনা তৌবিত্রি ॥২৮॥ অদুমক্তনসু ঐগী ফননবত খনবিরম্বা অদুক্ য়াম্বগুবু য়েক্লবশীংনা হাংখ্রিবনি। হৌজিক ঐগী কননবাত ভুক্ খনবিখিবসি কর্ণত মওায়ম মাল্লে হায়না খল্লে ॥২৯॥ গুরুদেব! সংসার অসিদা ঐগুম্না পণ্ডপ্রবশিংহুনা য়েক্লবগী মপাঙ্গলবু মুম্না খণ্ডনা, অদুগা য়েক্লবগুবু ওমননবগী থবক্‌পু (লান্দ) মবুক্‌চেল-খণ্ডিবা মী অমগী মথক্ত শিন্নকহনা ঐগুম্না অরাব ঈপাক্ত অদুম্ মরূপ্পি ॥৩০॥ ঐনা মহালোভী অম ওইরুহনা পাপকী থবক কয়া তৌরে। অদুগা মপান্দা ঐগী অকব খত্তিয়বা মীশক্ শাবা, তৌশিন্নবা, মবুকচেল শেংদবা খরনসু ঐনা তৌরিবা পাপসিগুম্বসি তৌহনা লৈরি। মাসীদা করম্না জয় ওইগদৌরিবনো ॥৩১॥

আঃ ওস্তোক্‌পনি! জয়দ্রথ—ভূরিশ্রবাবু শিগ্রবা! অভীষাহ, শূরসেন, শিবি-বসাতিগী লাম্মী পূম্বসু ভুম্‌খ্রবা! আঃ! ॥৩২॥ মরম্ অদুনা গুরুদেব! গুরুদেবখোয়নসু ঐতোন্দা পূক্নীং অদুক চণ্ডবিজবনিনা, ঐগীদমক্ত থরাইথাবিখ্রিবা অকনবশিং অদুনা য়োখিবা খুভম্-মকম্ অদুদা ঐসু চঙ্গখগে মাদুগী তাক্তে লাকচবনি ॥৩৩॥ "মরমদি মপুং মপান্ খান্নদনা ঐবু সুংশিবিবা মহাত্মা ওইবা মীশক্‌শিংদুগুম্বা অমতা য়াওদনা ঐনা লৈরুহনা করি কায়গনি। অদুনা পাণ্ডু মচাশিংতগী গুরু! ঐনা হৌজিক্ তৌগে খল্লবা থবক্ অসিদ য়াবিদুনা বিদায়পীবিয়ো—হঞ্জখগে" ॥৩৪॥ ধৃতরাষ্ট্রনা ৱাহী পীরিবা সঞ্জয়দা হাথরকই:—ইয়াও সঞ্জয়! অর্জুননা জয়দ্রথ

দুর্য্যোধনে চ দ্রোণস্তথোক্তঃ কুরুসংসদি। কিমুক্তবান্ পরং তন্মাক্ষ্যমাচক্ষ, সঞ্জয়! ॥৩৬॥

সঞ্জয় উবাচ

নিষ্টানকো মহানাসীৎ সৈন্যানাং তব ভারত!। সৈন্ধবং নিহতং দৃষ্ট্বা ভূরিশ্রবসমেব চ ॥৩৭॥
মন্ত্রিতং তব পুত্রস্য তে সর্ব্বমবমেনিরে। যেন মন্ত্রেণ নিহতাঃ শতশঃ ক্ষত্রিয়র্ষভাঃ ॥৩৮॥
দ্রোণস্তু তদ্বচঃ শ্রুত্বা পুত্রস্য তব দুর্ম্মনাঃ। মুহূর্ত্তমিব তু ধ্যাত্বা ভৃশমার্ত্তোঽভ্যভাষত ॥৩৯॥

দ্রোণ উবাচ।

দুর্য্যোধন! কিমেবং মাং বাক্শরৈরভিকৃন্তসি। অজয্যং সততং সংখ্যে ব্রুবাণং সব্যসাচিনম্ ॥৪০॥
এতেনৈবার্জ্জুনং জ্ঞাতুমলং কৌরব্য! সংযুগে। যচ্ছিখণ্ডাবধীদ্ভীষ্মং পাল্যমানঃ কিরীটিনা ॥৪১॥
অবধ্যং নিহতং দৃষ্ট্বা সংযুগে দেবদানবৈঃ। তদেবাজ্ঞাসিষমহং নেয়মস্তীতি ভারতী ॥৪২॥
যং পুংসাং ত্রিষু লোকেষু সর্ব্বে শূরমমংস্মহি। তস্মিন্ নিপতিতে ভীষ্মে কং শেষং পর্য্যুপাস্মহে ॥৪৩॥
যান্ স্ম তান্ গ্লহতে তাত। শকুনিঃ কুরুসংসদি। অক্ষান্ ন তেঽক্ষা নিশিতা বাণাস্তে শত্রুতাপনাঃ ॥৪৪॥

হাৎপ্রবা অদুগা সাত্যকিনা ভূরিশ্রবাবু হাৎপ্রবদুদা অউবা নখোয়গী নপূক্লীংদা করি কম্দৌখি? ॥৩৫॥ সঞ্জয়! দুর্য্যোধননা লালফমদা দ্রোণদা মবুক্লীং সুংশিবগা লোয়নননা হায়জক্লবা মতমদা দ্রোণনা কারি হায়না দুর্য্যোধনদা পাউথুম্খি? মাদু লীয়ু ॥৩৬॥ সঞ্জয়না হায়:—মহারাজ ভূরিশ্রবাগা জয়দ্রথগা হাৎপ্রবসিদা কৌরবলাম্মী তেঙ্গোলগী মনুংদা মহা ওইনা হাহাকার লাউনখি ॥৩৭॥ কল্লবা ক্ষত্রিয় নিংথৌশিং অদুগা লাম্মীশিংনা তুম্খিবসি উবদা থবক পূম্বাসি নচা ঈবুঙো দুর্য্যোধনগী কুমন্ত্রণাদগী থোক্খিবানিকো হায়বসি খল্লুবদা অদুকয়াম্বা লাম্মী পূম্নমক্না দুর্য্যোধনবু নিন্দা—তৌনখি ॥৩৮॥

মহারাজ! দ্রোণনা নচাঈবুংঙো দুর্য্যোধনগী ৱা তাবদা ৱানা মায়থোং লাংশিন্না চিন্তা শুহাক্ তৌরুবগা য়াম্ন ৱানা হায়নীঙ্ হায়নীঙদনা অশুম্না হায়রক্ই:—॥৩৯॥ "দুর্য্যোধন! নংনা করিগীদমক ৱাগৈগী তেললনা ঐগী থম্মোয়দা অমুপকম্ন থারি? ঐদি হান্নদগী নঙোন্দা হায়দুনা মরৈরিবনি অর্জ্জুনবু লান্দা জয় তৌবা হায়বসি ওইথোকতবনি হায়দুনা ॥৪০॥ কৌরবনন্দন, দুর্য্যোধন! অর্জ্জুননা ঙাক্শেন্দুনা লৈখিবা শিখণ্ডীনা ভীষ্মবু তুহনখিব মতমদুদা অর্জ্জুনগী শক্তি অমদি বিদ্যা অসি তশেং তশেংনা নখোয় মউথ্রবনি ॥৪১॥ লাইহিংচাবা গন্ধর্ব্বশিং মক্না জয়তৌবা ঙমখিদবা ভীষ্ম দেবনা তুখিব মুমিৎ অদো, মাদুদগী ঐ অদুম্ খঙদুনা লৈপ্রবনি, কৌরব তেঙ্গোল অসি তুম্ন মূংপা তারে হায়বসি ॥৪২॥ মরোল অদুম্দা মপা লৈতনা কন্বা মীশকুতি মহাকৃতনি হায়না খঞ্জরম্বা ভীষ্ম অদুম্ হৌজক্ লৈখিদ্রে। অদুনা হায়য়ু দুর্য্যোধন! লৈহৌরিবা লাম্মীশিং অসিনা করম্বা মীশক্ অমতদা আশ্রয় লৌরগা লাম্মেংনগদগে হায়য়ু ॥৪৩॥ ঈবুংঙো! মতম্ অসিদা মমাঙগৈগী ৱা হন্ন হন্ন নীঙশিঙদবা ঙম্দে। অদুগৈ চৌবনাইয়ুম্ মথক্ত লংশিন্ ছুপ্তিল্লকপা চৌবর মরূশিং অদো। চুম্নগী চৌবর মরূ নত্তে। স্মেক্লবা হাৎনবা

ত এতে ঘ্নন্তি নস্তাত বিশিখাঃ পার্থচোদিতাঃ। যাংস্তদাখ্যায়মানস্ত্বং বিদুরেণ ন বুদ্ধবান্ ॥৪৫॥
ব্যাহৃতা বিলপতস্তাপি বিদুরস্য মহাত্মনঃ। ধীরস্য বাচো নাশ্রৌষীঃ ক্ষেমায় বদতঃ শিবাঃ ॥৪৬॥
তদিদং বর্ত্ততে ঘোরমাগতং বৈশসং মহৎ। তস্যাবমানাদ্বাক্যস্য দুর্য্যোধন! কৃতে তব ॥৪৭॥
(যুগ্মকম্)

যোঽবমত্য বচঃ পথ্যং সুহৃদামাপ্তকারিণাম্। স্বমতং কুরুতে মূঢ়ঃ স শোচ্যো নচিরাদিব ॥৪৮॥
যচ্চ নঃ প্রেক্ষমাণানাং কৃষ্ণামানায়য়ঃ সভাম্। অনর্হতীং কুলে জাতাং সর্ব্বধর্ম্মানুচারিণীম্ ॥৪৯॥
তস্যাধর্ম্মস্য গান্ধারে! ফলং প্রাপ্তমিদং মহৎ। নো চেৎ পাপং পরে লোকে ত্বমর্চ্ছিথাস্ততোঽধিকম্ ॥৫০॥
যচ্চ তান্ পাণ্ডবান্ দ্যূতে বিষমেণ বিজিত্য হ। প্রাব্রাজয়স্তদারণ্যে রৌরবাজিনবাসসঃ ॥৫১॥
(বিশেষকম্)

পুত্রাণামিব চৈতেষাং ধর্ম্মমাচরতাং সদা। দ্রুহ্যেৎ কো নু নরো লোকে মদন্যো ব্রাহ্মণব্রুবঃ ॥৫২॥
পাণ্ডবানাময়ং কোপস্ত্বয়া শকুনিনা সহ। আহৃতো ধৃতরাষ্ট্রস্য সম্মতে কুরুসংসদি ॥৫৩॥

---

তেন্না, চৌবর মরু শাশিন্নদুনা পাইশিল্লকখিবনি; তেলগী মীনম্বা চৌবরনি ॥৪৪॥ মতম অদুদা বিদুরনা পাউত্তাক পীবা মতমদা নংনা থারবা অয়াকপা রাহৈগী তেন্ন থাদুনা চেল্হন্খিবদো, রাহৈশিং অদুনা অর্জুনগী তেন্দোংদ য়াক্রবা খারবা তেলমকী মশক লৌদুনা চঙখিবনি। তেলশিং অদুনা ঐখোয়দা হল্লিল্লক্কনা খাররবতনি ॥৪৫॥ দুর্য্যোধন! নীঙশিঙঙ্! মহাত্মা ওইরবা, মহাজ্ঞানী ওইরবা বিদুরনা কপ্পুনা হায়জখিববু নংনা ননাকোং নামদা য়োনা হাপখিদে। পাউত্তাকশিং অদু লৌখিদবগী মহৈ অদুনা হৌজিক্কি মহামারী অম ওইদুনা কৌরব তেঙ্গোন্দা তারকল্লবদি ॥৪৬-৪৭॥ থাজবা য়াবা, নুংশিনবা মরুপ মপাংগী রাবু ঙাওদুনা, ময়াম কাদুনা; চিরোল্ তৌবা খরগী মখাপোন্খিদুনা তাদবা মীশিং অদুদি, দুর্য্যোধন! নংগুম্না অরাব ঈপাক্ত লুপ্পে ॥৪৮॥ গন্ধারী সতীগী মচা! নিংথৌ! নিপা মরক্ত পুশিন্বদা মতীক চাব্রবী, অচৌবা শাগৈদা পোকপী, সতীধর্ম্ম কায়দবী, দ্রৌপদীবু নহাক্না সভা ময়ামদা পুশিন্হল্লকখি। মীনম্বা চৌবরনা পান্থে ওইদুনা ধর্ম্ম কায়ব্রবা পাণ্ডু মচাশিংবু কৈ শজী মউপ্ শেৎহন্দুনা বনদা থাখি। পাপ অদুগী মহৈ হৌজিক লাকপতনি। দুর্য্যোধন! ইহলোক অসিদগী হৌনা নংনা পাপকী মহৈ খর খর চাবা হৌরিবসে য়াম্ম্তম্ করবনি। নত্রবদি পরলোকত অসিদগী হেন্না চারুরগদবনি ॥৪৯-৫১॥ অদুগা পাণ্ডুগী মচাশিং অসিনা ঐবু মখোয়গী মপাত মপাঙম্ ব্যবহার তৌই। মখোয়সে ঐঙোন্দা ঈচা মককুম্বনি। অসিগুম্ব মীশকশিংদা হিংসা তৌগদবসি সংসার অসিদা পাপী দ্রোণ-ঐ নত্তন কনানো? মাসি কনাগী দমক্তনো দুর্য্যোধন! ॥৫২॥ করে, অসিপুম্ব লৈথিসম্নু। অহানবদা নহাক্না শকুনিগা তিন্নদুনা, নপাবুং ধৃতরাষ্ট্রদগী য়াথং লৌদুনা কৌরব সভা মথক্তা পাণ্ডবশিংগী থম্মোয়দা পুনশিসিমগী মুৎলরোইদোবা

দুঃশাসনেন সংযুক্তঃ কর্ণেন পরিবর্দ্ধিতঃ। ক্ষত্তুর্বাক্যমনাদৃত্য স্বয়াভ্যস্তঃ পুনঃ পুনঃ ॥৫৪॥
যস্তাঃ সর্ব্বে পরাভূতাঃ পর্য্যবারয়তার্জ্জুনম্। সিন্ধুরাজানমাশ্রিত্য স বো মধ্যে কথং হতঃ ॥৫৫॥
কথং ত্বয়ি চ কর্ণে চ কৃপে শল্যে চ জীবতি। অশ্বথাম্নি চ কৌরব্য! নিধনং সৈন্ধবো গতঃ ॥৫৬॥
যুধ্যন্তঃ সর্বরাজানস্তেজস্তিগ্মমুপাসতে। সিন্ধুরাজং পরিত্রাতুং স বো মধ্যে কথং হতঃ ॥৫৭॥
ময্যেব হি বিশেষেণ তথা দুর্য্যোধন! ত্বয়ি। আশংসত পরিত্রাণমর্জ্জুনাৎ স মহীপতিঃ ॥৫৮॥
ততস্তস্মিন্ পরিত্রাণমলব্ধবতি ফাল্গুনাৎ। ন কিঞ্চিদনুপশ্যামি জীবিতত্রাণমাত্মনঃ ॥৫৯॥
মজ্জন্তমিব চাত্মানং ধৃষ্টদ্যুম্নস্য সংযুগে। পশ্যাম্যহত্বা পাঞ্চালান্ সহ তেন শিখণ্ডিনা ॥৬০॥
তস্মাৎ কিমভিতপ্যন্তং বাক্শরৈরভিকৃন্তসি। অশক্তঃ সিন্ধুরাজস্য ভূত্বা ত্রাণায় ভারত! ॥৬১॥
সৌবর্ণং সত্যসন্ধস্য ধ্বজমক্লিষ্ট কর্ম্মণঃ অপশ্যন্ যুধি ভীষ্মস্য কথমাশংসসে জয়ম্ ॥৬২॥
মধ্যে মহারথানাঞ্চ যত্রাহন্যত সৈন্ধবঃ হতো ভূরিশ্রবাশ্চৈব কিং শেষং তত্র মন্যসে ॥৬৩॥

---

অশাউবগী মৈ থাগৎখি ॥৫৩॥ মৈ অদু থাগৎপদা দুঃশাসননা মৈরি কংনা চাক্লনবা দুংশাশোয় হয়া হয়' কামশিলখি। মাদুগী মথক্ত কর্ণস্থু কয় পাংশিন্‌খি। মাদুদা বিদুরনা থুদাং পায়দনা কয়া থামখি। মাতবু নহাক্না থোওইনা তাদনা মহাকপু ঈশ্নোকখি ॥৫৪॥ করে, রা অমত্তম্ হংখিগে—নখোয় অমুক মায়থীবা কংগ্রবস্থু, নখোয় ময়ায়া জয়দ্রথবু য়োম্‌দনা, ভাকশেন্দুনা মথস্মিবনি। নখোয় অদুক য়াম্ব অকনবশিংদগী শৎখিদুনা জয়দ্রথবু অর্জ্জুনদা কয়া হাৎ-হন্‌খিবনো! ॥৫৫॥ কৌরবনন্দন! নং, কর্ণ কৃপ, শল্য, অশ্বত্থামা——নখোয় অদুকয়াম্বা লৈন লৈনমক জয়দ্রথবু করম্ হাৎহনখ্রিবনো? ॥৫৬॥ অসিগী মথক্তা অকনবা লাম্মী নিংথৌ পূম্বনা ভাকশেন্দুনা লৈথিবা জয়দ্রথবু নখোয়না করম্না হাৎহন্‌খিবনো? ॥৫৬॥ দুর্য্যোধন! জয়দ্রথনা মশাবু অর্জ্জুনগী মথুত্তগী কন্‌বিগনি হায়না য়াম্ন কয়া আশা তৌবদি ঐগ নংগবুনি ॥৫৮॥ অদুবু, জয়দ্রথ অদুনা অর্জ্জুনগী মথুত্তগী নাম্নোকপা কংখিদ্রবসিদা, দ্রোণ ঐ ইশামকপু কয়-নবগী উপায় লাম্ব কংদ্রে ॥৫৯॥ হৌজিক ফাওবা ঐনা শিখণ্ডীবু পাঞ্চালশিংগা লোয়নন হাৎপ ঙম্‌দ্রিবসিমক্না ধৃষ্টদ্যুম্নগী লাঞ্জাও-ঈপাক্ত ঐ অসি লুপ্পবোরে হায়না ঈশানা খল্লরবনি ॥৬০॥

মরম্ অদুনা, ভরতনন্দন! ঐস্থ য়াম্ন নুংঙাইতদুনা লৈরম্নিবনি। অদুগী মথক্তা নহাক্না ঐগী চাক্লব থম্মোয়দা অয়াক্‌পা রাহৈগী তেন্না অমুক থাররিব করিগীনো? ॥৬১॥ রাশক্ চেৎপা, অরাব খঙদবা, শিনিংবা নুমিত্ত শিত্তম্বা ভীষ্মগী সনাতনা শাবা হৎপা কিরাম্না কৌরব লাম্মী মরক্ত ঈথক্ ইপোমগা লোয়ননা নুংশিত্তা জগোঈ শাবদু উথিদবা অমুক্ কুইরফাওবদা নংনা লান্দা জয় ওইখিনি হায়বগী আশা হৌজিক ফাওব তৌরিবসিনা করিগীনো? ॥৬২॥

অদুগুম্ব লাম্মী তেঙ্গোল মনুংদা, মহারথীশিংদুগী মরক্তা
ভূরিশ্রবা জয়দ্রথ অনীবু, লায়না হাৎগ্রবা মকমদুদা
কনা লেমহৌখিনি খল্লি নং? কনা লৈহৌখিনি থনবগে? ॥৬৩॥

কৃপমেব চ দুর্দ্ধর্ষং যদি জীবতি পার্থিব ।। যো নাগাৎ সিন্ধুরাজস্য বধং তং পূজয়াম্যহম্ ।৬৪।
যদাপশ্যং হতং ভীষ্মং পশ্যতস্তেঽনুজস্য বৈ । দুঃশাসনস্য কৌরব্য ! কুর্ব্বাণং কর্ম্ম দারুণম্ ।৬৫।
অবধ্যকল্পং সংগ্রামে দেবৈরপি সবাসবৈঃ । ন তে বসুন্ধরাস্তীতি তদাহং চিন্তয়ে নৃপ ।।৬৬।

( যুগ্মকম্ )

ইমানি পাণ্ডবানাঞ্চ সৃঞ্জয়ানাঞ্চ ভারত ।। অনীকান্যাদ্রবন্তে মাং সহিতান্যদ্য ভারত ! ।৬৭।
নাহত্বা সর্ব্বাপাঞ্চালান্ কবচস্য বিমোক্ষণম্ । কর্ত্তাস্মি সমরে কর্ম্ম ধার্ত্তরাষ্ট্র ! হিতং তব ।৬৮।
রাজন্ ! ব্রুয়াঃ সুতং মে ত্বমশ্বত্থামানমাহবে । ন সোমকাঃ প্রমোক্তব্যা জীবিতং পরিরক্ষতা ।৬৯।
যচ্চ পিত্রানুশিষ্টোঽসি তদ্বচঃ পরিপালয় । আনৃশংস্যে দমে সত্যে চার্জবে চ স্থিরো ভব ।৭০।
ধর্ম্মার্থকামকুশলো ধর্ম্মার্থাবপ্যপীডয়ন্ । ধর্ম্মপ্রধানকার্য্যাণি কুর্য্যাশ্চেতি পুনঃ পুনঃ ।৭১।
চক্ষুর্মনোভ্যাং সন্তোষ্যা বিপ্রাঃ পূজ্যাশ্চ শক্তিতঃ ।
ন চৈষাং বিপ্রিয়ং কার্য্যং তে হি বহ্নিশিখোপমাঃ ।৭২।

---

নিংথৌ ! অর্জ্জুনগী মথুক্ত শাথিনা পরাজয় অমদি চৈনা ক্ষংন-ক্ষংনা, জয়দ্রথগী মতুং ইন্নহৌদনা হিংহুনা করিগুম্বা কৃপাচার্য্যনা হৌজিক ক্ষাওবা লৈরম্লবদি, ঐনা কৃপাচার্য্যবু হন্ন-হন্না থাগৎলি ॥৬৪॥ কৌরবনন্দন নিংথৌ ! ভীষ্ম হায়বা নিপাদো লান্দদি ইন্দ্রগা লোয়নরবা লাইরাম্ খিবিক্না ক্ষাও হাৎপ য়াদনা লৈবিরম্বনি । লান্দা অকিবগী মশক ওইরবা থবকস্থ কয়া তৌবিরম্বনি । অদুবু মাতুগী নুমিৎকী লান্দা ননাও দুঃশাসন অদুগা ঐ, ঐখোয়নীগী মাওমক্তদা মহাবীর ভীষ্মনা তুপখিবা হেক উবা পূংক্ষম্ অদুদগী নংগী রাজ্য অমদি সিংহাসনসে অদুম্ মখোং থাংদোকপা হৌগ্রবনি ॥৬৫-৬৬॥ ক্ষরে, অসি পুম্নমক থগাংখো । দুর্য্যোধন ! হৌজিক্তি পাণ্ডবলাম্মী মপৈসিনা সৃঞ্জয়শিংগা লোয়ননা ঐন্ডোল্লোমদা চত্তশিল্লকলি ॥৬৭॥ অদুনা ধৃতরাষ্ট্রনন্দন, দুর্য্যোধন ! অদুনা পাঞ্চাল পুম্নমকপু হাৎলমদ্রি মথৈদি ঐ লালফুরিৎ লৌথোকখিরোই । য়ারিমথৈ নংগী ক্ষনলবা তৌরমখিনি ॥৬৮॥ নিংথৌ ! নতাক নশামক চত্তনা "ঐনা লাকত্রিবমথৈ, নশাবু কন্ন-কন্না সোমকশিংবু পাদোকনু" হায়না অশ্বত্থামাদা হায়রু ॥৬৯॥ অসুম হায়রু :—"অশ্বত্থামা ! নঙোন্দা নপাবুং দ্রোণনা নুমিৎ চুপ্প তাকতুনা লাকলিবা পাউতাকশিং অদুগী মতুংইন্না থবক তৌ । লালকমদস্থ ব্রাহ্মণ অম ওইনা থৌজাল, ইন্দ্রিয় খুদুম চনবা, অচুম্বা, পূকনীং শেংবা মাংদবা হায়রিবঃ লম্বীশিং অসিগী লীব্রুম্ কায়দনা চৎকদবনি" ॥৭০॥ দুর্য্যোধন ! নহাক্না অমুক অশ্বত্থামাদা হাইক্রগদবা হায়ববু :—"অশ্বত্থামা ! নহাক্তি মচৌশাদগী ধর্ম্ম অর্থ কাম অদুম অসিবু অমগ-মগ য়েচিন্নহুনা অমনা অমবু মাওনহন্দনা থবক [নথৌ] তৌবদা থাম হৈশিংগদবনি । অদুনা ধর্ম্মগা অর্থগা য়েৎনহন্দনা, অদুগা ধর্ম্মতবু মরু ওইবা শরুক ওইনা থমদুনা নথৌ তৌ" অসিনি ॥৭১॥ "থরাই হকচাং অমত ওইনা অওম্বা ইন্দ্রিয়গী শক্তিনা ব্রাহ্মণশিংবু পেলহল্লু, পূজা তৌ । মখোয়না পামদবা য়াদবা থবক অমত তৌগনু । মখোয়গী মশক উবদি মৈরিগী

এষ ত্বহমনীকানি প্রবিশাম্যরিসূদন ! । রণায় মহতে রাজংস্ত্বয়া বাক্‌শল্যপীড়িতঃ ।৭৩।
যাহি দুর্য্যোধন ! বলং যদি শক্তোহসি পালয় । রাজাবপি হি যোৎস্যন্তে সংরব্ধাঃ কুরুসৃঞ্জয়াঃ ।৭৪।
এবমুক্ত্বা ততঃ প্রায়াদ্‌দ্রোণঃ পাণ্ডবসৃঞ্জয়ান্ । মুষ্ণন্ ক্ষত্রিয়তেজাংসি নক্ষত্রাণামিবাংশুমান্ ।৭৫।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে দ্রোণদুর্য্যোধনসংবাদে একত্রিংশদধিকশততমোহধ্যায়ঃ ।০। *

---

মত্তৌগুবনি" ॥৭২॥ অস্তুম নহাক্না অশ্বত্থামাদা হায়রু। অত্তুগা ঐদি নহাক্কী রাহৈ তেলগী চৈনা কংন-কংনা লাক্লক্ত চঙলগে ॥৭৩॥ "দুর্য্যোধন। ত্রবদি নহাক কৌরব লাম্মী মপৈসে ঙাকশেন্দুনা লৈহৌ। মরমদি কৌরবশিং অমদি সৃঞ্জয়শিংনা ময়ায় কাবগা লোয়ননা অহিংদা লাম্বেংনগদৌরি" ॥৭৪॥ মহারাজ! অত্তুদগীদি নোংঙাল্লকপদা সুমিৎনা থা থরানৃমিচাকশিংগী তেজ লৌশিনথিত্তনা নোংমদোম্বক্ত হাইগৎলকৃপঙুম্ দ্রোণাচার্য্যনা মহাক্কী তেজনা ক্ষত্রিয়শিং- অতৈগী তেজবু নমহন্ত্রনা পাণ্ডব অমদি সৃঞ্জয়শিংনা লৈরিবা অদু তাম চঙশিনখি ॥৭৫॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণ পর্ব্বদা জয়দ্রথবধদা দ্রোণ দুর্য্যোধন সংবাদগী চামকুম্ত্রামাথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥X॥

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বাত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

### চামকুন্থ্ানিথোইশুবা অধ্যায়

( জয়দ্রথ হাৎপ্রবা মতুংগী লাল্ )

সঞ্জয় উবাচ ।

ততো দুর্য্যোধনো রাজা দ্রোণেনৈবং প্রচোদিতঃ । অমর্ষবশমাপন্নো যুদ্ধায়ৈব মনো দধে ।
অব্রবীচ্চ তদা কর্ণং পুত্রো দুর্য্যোধনস্তব ।১।
পশ্য কৃষ্ণসহায়েন পাণ্ডবেন কিরীটিনা । আচার্য্যবিহিতং ব্যূহং ভিত্বা দেবৈঃ সুদুর্ভিদম্ ।২।
তব ব্যায়চ্ছমানস্য দ্রোণস্য চ মহাত্মনঃ । মিষতাং যোধমুখ্যানাং সৈন্ধবো বিনিপাতিতঃ ।৩।
( যুগ্মকম্ )
পশ্য রাধেয় । পৃথ্বীশাঃ পৃথিব্যাং প্রবরা যুধি । পার্থেনৈকেন নিহতাঃ সিংহনেবেতরে মৃগাঃ ।৪।
মম ব্যায়চ্ছমানস্য সমরে শত্রুসূদন । । অল্পাবশেষং সৈন্যং মে কৃতং শক্রাত্মজেন হ ।৫।
কথং নিয়চ্ছমানস্য দ্রোণস্য যুধি ফাল্গুনঃ । ভিন্দ্যাৎ সুদুর্ভিদং সৈন্যং যতমানোঽপি সংযুগে ।৬।
প্রতিজ্ঞায়া গতঃ পারং হত্বা সৈন্ধবমর্জ্জুনঃ । পশ্য রাধেয় । পৃথ্বীশান্ পৃথিব্যাং পতিতান্ বহূন্ ।
পার্থেন নিহতান্ সংখ্যে মহেন্দ্রোপমবিক্রমান্ ।৭।
অনিচ্ছতঃ কথং বীর । দ্রোণস্য যুধি পাণ্ডবঃ । ভিন্দ্যাৎ সুদুর্ভিদং ব্যূহং যতমানস্য শুষ্মিণঃ ।৮।

---

সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ । দ্রোণাচার্য্যনা অস্থুম্না হায়রক্লবদা নিংথৌ দুর্য্যোধন অসি য়াম্না শাউখিদুনা মশামক্ লান্দা পূক্নীং চঙথ্রগে হায়না থন্দুনা কর্ণদা অস্থুম্না হায়খি ঃ—॥১॥ কর্ণ ! মরূপ ! লাইশিংমক্না চঙবা থ্ংগাইবা ওম্‌দবা, দ্রোণনা শাবা বেহ্ছ থুংগাইদুনা চঙওকপা কৃষ্ণগা পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুনগা অনীগী মথক্তা মরূপ্ নংগা দ্রোণগা অনীনা কয় শোক্লখি । অদুবু অকনবা নখোয় সৈনা-সৈনা নমাওমক্তদা জয়দ্রথবু হাৎখ্রেদে। । ॥২-৩॥ রাধা-নন্দন ! য়েংঙু অমুক্তা ! নোংশানা শজী-শাঙাই ময়াম্বু তান্ন তান্ন হাৎপদুগুম্না—অর্জ্জুন মথন্তনা কৌরব তেজোলগী অকনবা কয়াবু হাৎখ্রে ॥৪॥ য়েক্লবা ওম্বা ! ঐসু তুমিন্ন সৈব নত্তে ! অদুবু অর্জ্জুননা ঐগী লাম্নীশিংবু খজিক্ত মঙায়শিলহন্‌খ্রে ॥৫॥ য়েংঙু কর্ণ ! দ্রোণাচার্য্যনা ঐগী লাম্নীশিং অসিবু নিংথিনা লোইশিন্ খোম্‌জিন্দুনা নিয়ম নাইনা শোক্লবিরম্লবদি অর্জ্জুন মথন্তনা অস্থুক্ তরাই তরাইনা তেজোল অমবু থুংগাইবা ঙম্মম্‌গদগে ? ॥৬॥ হৌজিক্তি অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাত্নুনা মাগী রাশক্ ঙাক্‌খ্রে । কর্ণ ! য়েংঙু ! কল্ল কল্লবা ক্ষত্রিয় নিংথৌ কয়া, অর্জ্জুনগী মথুক্ত মথ্াই থাদুনা শিখ্রে ॥৭॥ কর্ণ !

দয়িতঃ ফাল্গুনো নিত্যমাচার্য্যস্য মহাত্মনঃ। ততোঽস্য দত্তবান্ দ্বারমযুদ্ধেনৈব শত্রুহন্। ॥৯॥
অভয়ং সিন্ধুরাজায় দত্ত্বা দ্রোণঃ পরন্তপঃ। প্রাদাৎ কিরীটিনে দ্বারং পশ্যন্ নির্গুণতাং ময়ি ॥১০॥
যদ্যদাস্যদনুজ্ঞাং বৈ পূর্ব্বমেব গৃহান্ প্রতি। সিন্ধুরাজস্য সমরে নাভবিষ্যজ্জনক্ষয়ঃ ॥১১॥
জয়দ্রথো জীবিতার্থী গচ্ছমানো গৃহান্ প্রতি। ময়ানার্য্যেণ সংরুদ্ধো দ্রোণাৎ প্রাপ্যাভয়ং রণে ॥১২॥
অদ্য মে ভ্রাতরঃ ক্ষীণাশ্চিত্রসেনাদয়ো রণে। ভীমসেনং সমাসাদ্য পশ্যতাং নো দুরাত্মনাম্ ॥১৩॥
আচার্য্যং মা বিগর্হস্ব শক্ত্যাসৌ যুধ্যতে দ্বিজঃ। যথাবলং যথোৎসাহং ত্যক্ত্বা জীবিতমাত্মনঃ ॥১৪॥
যদ্যেনং সমতিক্রম্য প্রবিষ্টঃ শ্বেতবাহনঃ। নাত্র সূক্ষ্মোঽপি দোষঃ স্যাদাচার্য্যস্য কথঞ্চন ॥১৫॥
কৃতী দক্ষো যুবা শূরঃ কৃতাস্ত্রো লঘুবিক্রমঃ। দিব্যাস্ত্রযুক্তমাস্থায় রথং বানরলক্ষণম্ ॥১৬॥
কৃষ্ণেন চ গৃহীতাশ্বমভেদ্যকবচাবৃতঃ। গাণ্ডীবমজরং দিব্যং ধনুরাদায় বীর্য্যবান্ ॥১৭॥

---

কল্লবা দ্রোণনা অর্জ্জুনবু চঙ্‌হল্লোই হায়না চপ্‌ য়ুংনা খনবিরম্লবদি অদুগা বেহগী থোঙ্‌ অদুবু মশামক্না চেক্শিন্ন ঙাক্শেনবিরম্লবদি অর্জ্জুননা কৈদৌদনা ব্যূহ অদুবু থ্‌গাইখিগদগে ? ॥৮॥ য়েক্লবা হাৎঙম্বা কর্ণ! অর্জ্জুন হায়বসে দ্রোণগী মতম কুইনদগী নুংশিরক্লবা শিষ্যনি। অদুমক্তনা দ্রোণনা অর্জ্জুনবু লাল ইতৌ তৌদনা বেহগী থোঙ থাদোক্লুনা চঙ্‌হনখিবনি ॥৯॥ য়েক্লবা ঙম্বা দ্রোণনা অহানবদা জয়দ্রথবু কনবিনি কিরুগু হায়না হায়বিরগা ঐবু নুংশিবিদতুনা অর্জ্জুনবু থাজিন্দুনা জয়দ্রথবু হাৎহনখি ॥১০॥ অহানবদা জয়দ্রথনা ময়ুমদা হনজগে হায়না হায়জব মতম অদুদা দ্রোণনা মাবু বিদায় পিবিরম্লবদি অদুক্ য়াম্না লাম্নীশিং অসি শিরগ্নোই-দৌবনি ॥১১॥ আঃ! খল্লুবদ নুংঙাইতে কর্ণ! জয়দ্রথনা মথ্‌ৱাই পান্মুজতুনা মরৈবাক্ত হজ্জগে হায়না হায়জববু দ্রোণনা কনবিগনি হায়বদগী থাজরুতুনা ঐনা জয়দ্রথবু থিংঙ্‌রে! অদুনা কর্ণ! ঐ অসে মহা অনার্য্য অম ওইরবনি ॥১২॥

কর্ণ! ঐখোয়সে য়াম্না কত্রবনি। ময়মদি ঐখোয়মক্কী মাঙদা চিত্রসেননচিংব ঈনাওশিং অদো ভীমগী মথুক্তা মথ্‌ৱাই থাখি ॥১৩॥ কর্ণনা হায়:—নিংখৌ! মরূপ! দ্রোণবু খক নিন্দা তৌগনু ব্রাহ্মণ অসে মথ্‌ৱাই পান্মুদনা মহাক্কী হকচাং অমদি থম্মোইদগী শক্তি পূম্নমক পুখোক্লুনা শোক্লরবনি ॥১৪॥ অদুমক্তদা অর্জ্জুননা দ্রোণগী শক্তিবু নম্‌হত্তুনা বেহ মনুং চঙগ্রবসিদা দ্রোণগী দোষ করিমত লৈতে ॥১৫॥ য়েংঙু কর্ণ! থবক্ত হৈশিংলবা, লান্দা চঙখোল্লবা পাখং মপুং চপচানা কায়বা, কম্ঠোরবা খুৎলায় লোইনা তমুতুনা হৈরবা শাফুকল্লবা, মরিল লৈরবা মপাম্বোম্ পাঙম্না ময়ায় কারবা অমনা কক্পা য়াত্রবা লালফুরিৎ লীৎলিবা, লাইগী খুৎলায় মক্তনা থন্না হাপ্লবা অকিবগী মশক ওইরবা য়োংতোংবা ফিরাম্না লৈতেংবা রথনা মহাক্কী ওইবা, কৃষ্ণনা শগোলচূপ্পি পায়তুনা মাগী রথবু থৌরিবা অমনা কক্পা য়াদবা লাইরৈবাক্কী গাণ্ডীব কৌবা লীরুং পায়বা অসিগুম্বা অর্জ্জুননা অতৎ অথম্ লৈতনা তেল কাপশিল্লক্লুনা

প্রবর্ষন্ নিশিতান্ বাণান্ বাহুদ্রবণদর্পিতঃ। যদর্জ্জুনোঽভ্যয়াদ্দ্রোণমুপপন্নং হি তস্য তৎ ॥১৮॥
( বিশেষকম্ )

আচার্য্যঃ স্থবিরো রাজন্! শীঘ্রযানে তথাঽক্ষমঃ। বাহুব্যায়ামচেষ্টায়ামশক্তস্ত নরাধিপ। ॥১৯॥

তেনৈনমভ্যতিক্রান্তঃ শ্বেতাশ্বঃ কৃষ্ণসারথিঃ। তস্য দোষং ন পশ্যামি দ্রোণস্যানেন হেতুনা ॥২০॥

অজয্যান্ পাণ্ডবান্ মন্যে দ্রোণেনাস্ত্রবিদা যুধি। তথাহ্যেনমতিক্রম্য প্রবিষ্টঃ শ্বেতবাহনঃ ॥২১॥

দৈবদিষ্টেঽন্যথাভাবো ন মন্যে বিদ্যতে ক্বচিৎ। যতো নো যুধ্যমানানাং পরং শক্ত্যা সুযোধন।।
সৈন্ধবো নিহতো যুদ্ধে দৈবমত্র পরং স্মৃতম্ ॥২২॥

পরং যত্নং কুর্ব্বতাঞ্চ ত্বয়া সার্দ্ধং রণাজিরে। হত্বাস্মাকং পৌরুষং বৈ দৈবং পশ্চাৎ করোতি নঃ।
সততং চেষ্টমানানাং নিকৃত্যা বিক্রমেণ চ ॥২৩॥

দৈবোপসৃষ্টঃ পুরুষো যৎ কর্ম্ম কুরুতে ক্বচিৎ। কৃতং কৃতং হি তত্তস্য দৈবেন বিনিপাত্যতে ॥২৪॥

যৎ কর্ত্তব্যং মনুষ্যেণ ব্যবসায়বতা সদা। তৎকার্য্যমবিশঙ্কেন সিদ্ধির্দৈবে প্রতিষ্ঠিতা ॥২৫॥

নিকৃত্যা নিকৃতাঃ পার্থা বিষযোগৈশ্চ ভারত!। দগ্ধা জতুগৃহে চাপি দ্যূতেন চ পরাজিতাঃ ॥২৬॥

---

দ্রোণগী তেঙ্গোল থ্ুগাইদুনা জয়দ্রথগী নাক তান্না চৎখিবদুদা থোইনা ওককম্ থোক্তে, ওইথোকতবা অমনি হায়বস্থ য়াদে ॥১৬-১৮॥ মহারাজ! অমরোমদনা দ্রোণ হায়বসি ব্রাহ্মণনি, খ্বাইগী গুরুনি ; অকনবনিদি হায়ববু অচলওইরে, হান্নগুম্না পাম্বোমগী পাঙ্গল লৈরকত্রে। থ্ুনাম্নাওনা অমদগী অমদা পণ্ডয়ো য়োবা ওস্নকত্রে ॥১৯॥ মরম্ অসিমক্তদা কৃষ্ণনা সারথি ওইরিবা অর্জ্জুননা দ্রোণবু ওস্নমদুনা লাঙ্খিনখিবনি। মরম্খিবিক অসি লৈবনা, দ্রোণগী মকমদা দোষ থোইদোকপা উদে ॥২০॥ ঐনা অস্থুম্ খনবদা— খুংসাম্নদা কয়া য়াম্না হৈদুনা খওদুনস্থ দ্রোণনা পাণ্ডবশিংবু জয় হেক তৌবা ওম্দে। মরমসিমক্তনস্থ অর্জ্জুননা দ্রোনবু লাম্বোক্তুনা চঙশিনখিবনি ॥২১॥

দুর্য্যোধন! লাইনা মতম্থ্রবদা ককপা য়াব পোৎ নত্তে হায়বসি ঐস্থ থাজরে মাসিগী প্রমাণ হায়ববু ঐখোয় ময়াম্ন অস্থুক্ কন্না হোৎনববু, ঐখোয় খ্বাইগী মাঙদা জয়দ্রথবু অর্জ্জুননা হৈরায় লায়না হাৎখ্রিবসিনি। অদুনা সংসার অসিদা লাইনা লাইবক্ত তমখিবা হায়বসিনা মকল্ল মাল্লে হায়না থল্লি ॥২২॥ দুর্য্যোধন! ঐখোয় নংগা লোয়ননা লান্দা কনা য়াম্না কন্না চেকশিন্না মহোৎনখিবনি মমাঙতৈদস্থ নমথাক্লা লৌনম্না পাঙ্গন্না য়াবমথৈ হোৎনদুনা পাণ্ডু মচাশিংবু নম্হৎনবা জয়তৌনবা হায়দুনা ঐখোয়না কনা য়াম্না হোৎনখিনকো— অদুবু মাগী মাগী লাইবক্ত লাইনা অস্থুম্ থোক্উ হায়না তমখিবদুনা ঐখোয়না নিপা থোক্ল নোম্বদু অরেম্বদা তাহন্ত্রে ॥২৩॥ মরায়বক্ত মতম্খিত্রবদা কনা য়াম্না কন্ন হোৎনজবা মীগী থবক্কী মহৈ অদুবু "লাইবক্ত তন্ব" হায়বদুনা মাঙ্হল্লি ॥২৪॥ অঙৈন্কন্বা, নোম্বা কনবা মীগী হোৎনজমল্ অদুগী কংবকংদবস্থ "মরাইবক্ত তন্বা হায়বদুগী কৃপাদ লৈরে ॥২৫॥ ভরতনন্দন! দুর্য্যোধন! মরুপ! ঐখোয়না নম্থাক্ লৌনম্না পাণ্ডবশিংবু কয়া অয়ানবা লস্বীদা চৎহল্লে, কয়া য়াম্না মখোয়বু ওসি কাওবদা ঐখোয়না

রাজনীতিং ব্যপাশ্রিত্য প্রহিতাশ্চৈব কাননম্। যত্নেন চ কৃতং তত্তদ্দৈবেন বিনিপাতিতম্ ॥২৭॥
যুধ্যস্ব যত্নমাস্থায় মৃত্যুং কৃত্বা নিবর্ত্তনম্। যতস্তথৈব তেষাঞ্চ দৈবং মার্গেণ যাস্যতি ॥২৮॥
ন তেষাং মতিপূর্ব্বং হি সুকৃতং দৃশ্যতে ক্বচিৎ। দুষ্কৃতং তব বা বীর! বুদ্ধ্যা হীনং কুরূদ্বহ! ॥২৯॥
দৈবং প্রমাণং সর্ব্বস্য সুকৃতস্যেতরস্য বা। অনন্যকর্ম্ম দৈবং হি জাগর্ত্তি স্বপতামপি ॥৩০॥
বহূনি তব সৈন্যানি যোধাশ্চ বহবস্তথা। ন তথা পাণ্ডুপুত্ত্রাণামেবং যুদ্ধমবর্ত্তত ॥৩১॥
তৈরল্পৈর্বহবো যূয়ং ক্ষয়ং নীতাঃ প্রহারিণঃ। শঙ্কে দৈবস্য তৎ কর্ম্ম পৌরুষং যেন নাশিতম্ ॥৩২॥

সঞ্জয় উবাচ।

এবং সংভাষমাণানাং বহু তত্তজ্জনাধিপ!। পাণ্ডবানামনীকানি সমদৃশ্যন্ত সংযুগে ॥৩৩॥

নম্থাক্ তৌরক্লি! হু পীজহুনা হাৎকে হোৎনখ্রে, চাগী য়ুমদা খাজিন্দুনা মৈ থাহুনা হাৎসি হোৎনখ্রে, মীনম্বা চৌবরদা মখোয়বু ওম্খ্রে ॥২৬॥ রাজনীতিগী অকৃপ্পা মরোল্ পুখোক্তুনা মখোয়বু বনদা থাক্লরে। হায়ম্বিবা থবক অসে, মরূপ্! ঐখোয়না কয়া য়াম্ন চোৎকশিন্ন পাঙথোকপ্রবা! অদুবু তৌপ্রিবা থবক্শিং অদুগী মহৈদি অমত কংদ্রি। তৌখিবা থবক পুম্ব নিষ্ফল ওইরে ॥২৭॥ মরূপ! দুর্য্যোধন! লান্দা শিবা হায়বদুতনা লালগী অরোয়বনি হায়না খন্দুনা লাল্ তৌগ্রে। শোক্লবগী শোক্লবা, ক্ষেত্রিয় মচাগী ধর্ম্ম কায়দনা নংনা পাণ্ডবশিংগা হন্দনা অদুম্ মশোক্লরবদি "লাইনা তম্বা" কৌবী লাইরেম্বীহুনা নঙোন্দা মমায় ওক্লিল্লক্খিবস্থু য়ানা লৈরিদে। ॥২৮॥ অক্নবা কুরু শাপেগী অখোইবা! পাণ্ডবশিংনা য়াম্না বিচার তৌদ্রুনা অকবা থবক্ অমতং তৌখি হায়বা,—অদুগা নহাক্না বিচার হৈতৌ তৌদনা করিগুম্বা ফত্তবা থবক্ অমতং তৌখি হায়বসি ঐখোয়না থেংনদ্রি ॥২৯॥ অকব থঙদে, ফত্তবা খঙদে থবক্ পুম্নমক্কী মহৈ পীবা মীশক্তি অতৈ নত্তে, "মরাইবক্তা তম্বা" কৌবী লাইরেম্বীহুননি। মরম্দি তাইবং জীব পুম্বনা তুম্দুনা লৈরিভৈদম্থু, থবক্ অতৈ অম তৌবা লৈত্রবী লাইরেম্বী মহাক্সিদি তুম্দনা জাগরণ তৌদুনা জীবশিংগী মনাক্তা অদুম্ মরৈরিবনি ॥৩০॥

অহানবদা লাল হৌবা মতমদা, নহাক্কী লাম্মী মশীংনা পাণ্ডবশিংগী লাম্মীশিংদগী অক্ষোহিণী মরি হেনখিবনি। পাণ্ডবশিংগী লাম্মীনা মশীং য়াম্না রাৎখিবনি। অবস্থা অসিদা লাল্ তৌবা হৌখিবনি মরূপ ॥৩১॥ অদুবু মরায়বক্তা তম্খিবনা লাম্মী মশীং য়াম্ন্রবা পাণ্ডবশিংনা নহাক্কী লাম্মী মশীং হন্থখিহুনা হৌজিক্তি মখোয়গীনদুম্ হেল্লপ্ তৌনা লৈখ্রে। অদুনা মরূপ! "মরায়বক্ত তম্বা" হায়বদুনা "নিপা থোক্ল থবক তৌবা—"হায়বদুগী মহৈবু পুম্মাঙ্ মাঙহনখ্রে ॥৩২॥

টীকা ঃ— তুম্দনা লৈরিবা মীগী মনাক্ত লিল অম লাক্লবস্থু, মীহাৎপনা মখুত্ত থাঙ্ পায়দুনা লেপ্পরবস্থু মহাক্কী শিখিন্থু হায়বা লাইবক্ত তম্প্রবদি মনাক্ত জাগরণ তৌদুনা লৈরিবী লাই-রেম্বীসিনা মহাক্পু হৌদোক্পি—হায়বনি।

ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং ব্যতিষক্তরথদ্বিপম্। তাবকানাং পরৈঃ সার্দ্ধং রাজন্! দুর্মন্ত্রিতে তব ॥৩৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

জয়দ্রথবধে পুনর্যুদ্ধারম্ভে দ্বাত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! কর্ণগা দুর্য্যোধনগা মতৌ অমুমা রারী শানরীঙৈদা অসোমদা লালকমদা পাণ্ডব লাম্মীশিংনা চঙ্‌শিল্লকপত্থ উখি ॥৩৩॥ ! মহারাজ মহারাজগী কুমন্ত্রণা অদুগী মহৈনা হৌজিক্ কাওবা লোইদদনা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমকী লাম্মী রথী মহারথীশিংনা অদুম্বা শগোল শামুশিংগা অমগমগ—ক্রক্ ক্রক্ ঈঙ্গিম্ন থেংনবা হৌখ্রে ॥৩৪॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মমংদা "পুর্ণযুদ্ধারম্ভ"গী চামকুনথরানিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রয়স্ত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামকুনথাহুমদোইশুবা অধ্যায় ॥

( দুর্য্যোধননা মায়থীবা মতাং )

### সঞ্জয় উবাচ

তদ্দীর্ণগজাশ্বৌঘং বলং তব জনাধিপ!। পাণ্ডুসেনামভিক্রম্য যোধয়ামাস সর্ব্বতঃ ॥১॥
পাঞ্চালাঃ কুরবশ্চৈব যোধয়ন্তঃ পরস্পরম্ যমরাষ্ট্রায় মহতে পরলোকায় দীক্ষিতাঃ ॥২॥
শূরাঃ শূরৈঃ সমাগম্য শরতোমরশক্তিভিঃ। বিব্যধুঃ সমরেঽন্যোন্যং নিন্যুশ্চৈব যমক্ষয়ম্ ॥৩॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! কৌরবপক্ষগী মরায় কারবা শগোল শামু অমদি শগোল তোংবা লাম্মী শামু তোংবা লাম্মীশিংনা চোংথোরকতুনা পাণ্ডবশিংগী পৈরিবা লাম্মী মপৈ অদোমদা হোচ্চিন্দুনা কন্ন থেংনবা হৌখি ॥১॥ অদুগী তুংদা পাঞ্চালশিং অমদি কৌরবলাম্মীশিংনা অদুম্ শোক্লরকপত্থগা লোয়ন লোয়ননা মীকুপ্পা লাম্মী লিশিং লিশিংনা যমালয় রোমদা যাত্রা তৌরি॥২॥ অকনবশিংনা মাগী মাগী য়েক্লবশিংগা থেংনখিদুনা খুৎথেংননা থাঙ তানা য়াম্ন থিম্নদুনা

রথিনাং রথিভিঃ সার্দ্ধং রুধিরস্রাবদারুণম্। প্রাবর্ত্তত মহদ্‌যুদ্ধং নিঘ্নতামিতরেতরম্ ॥৪॥
বারণাশ্চ মহারাজ! সমাসাদ্য পরস্পরম্। বিষাণৈর্দারয়ামাসুঃ সুসংক্রুদ্ধা মদোৎকটাঃ ॥৫॥
হয়ারোহান্ হয়ারোহাঃ প্রাসশক্তিপরশ্বধৈঃ। বিভিদুস্তুমুলে যুদ্ধে প্রার্থয়ন্তো মহদ্‌যশঃ ॥৬॥
পত্তয়শ্চ মহাবাহো! শতশঃ শস্ত্র পাণয়ঃ। অন্যোন্যমার্দ্দয়ন্ রাজন্! নিত্যং যত্তাঃ পরাক্রমে ॥৭॥
গোত্রাণাং নামধেয়ানাং কুলানাঞ্চৈব মারিষ।। শ্রবণাদ্ধি বিজানীমঃ পাঞ্চালান্ কুরুভিঃ সহ ॥৮॥
তেঽন্যোন্যং সমরে যোধাঃ শরশক্তিপরশ্বধৈঃ। প্রৈষয়ন্ পরলোকায় বিচরন্তো হ্যভীতবৎ ॥৯॥
শরৈর্দশ দিশো রাজন্! তেষাং মুক্তৈঃ সহস্রশঃ। ন ভ্রাজন্তে যথাতত্ত্বং ভাস্করেঽস্তং গতেঽপি চ ॥১০॥
তথা প্রযুধ্যমানেষু পাণ্ডবেয়েষু নির্ভয়ঃ। দুর্য্যোধনো মহারাজ। ব্যবাগাহত তদ্বলম্ ॥১১॥
সৈন্ধবস্য বধেনৈব ভৃশং দুঃখসমন্বিতঃ। মর্ত্তব্যমিতি সঞ্চিন্ত্য প্রাবিশত্তদ্বিষাং বলম্ ॥১২॥
নাদয়ন্ রথঘোষেণ কম্পয়ন্নিব মেদিনীম্। অভ্যবর্ত্তত পুত্রস্তে পাণ্ডবানামনীকিনীম্ ॥১৩॥
স সন্নিপাতস্তুমুলস্তস্য তেষাঞ্চ ভারত।। অভবৎ সর্ব্বসৈন্যানামভবকরণো মহান্ ॥১৪॥

অমনা অমবু অশিবগী খয়াত্ত লংশিন্নবা হৌরক্লে ॥৩॥ রথিগা রথিগা তরু খোৎনহুনা থানরকৃপা-থিন্নরকৃপহুনা মখোয়গী মশাদগী শিন্তরকপা ঈহুমক্তনা থুম্‌হৎখিদুনা লালকম্ অহুনা অকিবগী মশক্ ওইবা মূর্ত্তি অম পুথি ॥৪॥ ময়ায় কাববা শাউনরবা চাউর চাউরবা শামুশিংনা অমগমগ ময়ানা কন্ন কন্না থিন্নরকলি ॥৫॥ শগোল তোংবা লান্মীশিংনা লালকমদা অচৌবা মিংচৎ ফংনিংহুনা অকিবা লৈতনা মমান্নবা য়েক্লবা শগোল তোংবা লান্মীশিংদা মপা-মপা হোক্চিনহুনা থাঙনা তানা য়ান্ন থিন্নরকলি ॥৬॥ মহাবাজ! মথুত্তা খুৎলায় পায়বা খোঙমী চাম চামনা মাগী মাগী মপাঙ্গল—শক্তি উৎনহুনা অমগমগ কন্ন কশিন্নরি—থাজিন্নরি ॥৭॥ ঈকাইখুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ। মাগী মাগী মীচংগী মমিং, মাগী মাগী মমিংমথা হায়ন লাউনরকৃপহুক্তনা পাঞ্চাল কৌরব লান্মীশিংনা মশক্ ঙহাক্ ঙহাক খঙনরম্বহুত মঙায়রে ॥৮॥ মহারাজ! লান্মীশিং অদো ঙহাক ঙহাক লাফমদা চেল্লম্-চোংঙম্মি হায়বহুতা মঙায়রে। মীকৃপ, মীকৃপ্তা য়েক্লবগী মথুক্ত তু তুহুনা মথ্বাই থানরি। অকং অকংবা থাঙনা-তানা-য়োচ্ছুকনা থা-থাহনা পরলোকত যাত্রা তৌনখ্রি ॥৯॥ মহারাজ নুমিৎনা অস্তাচললোমদা চায়থ চায়থরকপগা লোয়ননা নংহে'ররোই হায়বগী মতাঙম্ লান্মীশিংসু তেল্ লিশিং লিশিং কাপ্‌খোকনরকলি। নুমিৎনা তাশিল্লকপনে, তেন্ন পূমকৃপ, কৃপ্‌শিন্নরকপনে মাষকৈ শলাই খঙদনা ঈমম্ মম্‌খ্রে ॥১০॥ মহারাজ! কল্লবা লাঞ্জাও অসিনা মতৌ অসুন্ন চথবক্লবদা নচাঈবুঙো দুর্য্যোধননা অকিবা মিপাইবা লৈতনা পাণ্ডব লান্মীশিংবু নৈথাইবা হৌরকলে ॥১১॥ জয়দ্রথনা শিখিবত্তগী নুংঙাইমন্‌খিদহুনা শিরবসু হুমঙায়রে হায়না খন্দুন' পাণ্ডবলান্মী মরক্ত চোংশিনখি ॥১২॥

মহারাজ! নচাইবুংঙো দুর্য্যোধননা লান্মী মপৈ অমগ লোয়ননা সিংহনাদ লাউ লাউহুনা লীরী থীং থীংহুনা পাণ্ডব লান্মীশিং পৈরিবহুগী মমাংদা লেপ্লুবে ॥১৩॥ মাহুদগীদি মহারাজ! দুর্য্যোধনগী

যথা মধ্যন্দিনে সূর্য্যং প্রতপন্তং গভস্তিভিঃ। তথা তব সুতং মধ্যে প্রতপন্তং শরাচ্চিভিঃ।
ন শেকুর্ভারতং যুদ্ধে পাণ্ডবাঃ সমুদীক্ষিতুম্ ॥১৩॥

পলায়নকৃতোৎসাহা নিরুৎসাহা দ্বিষজ্জয়ে। পর্য্যধাবন্ত পাঞ্চালা বধ্যমানা মহাত্মনা ॥১৬॥
রুক্মপুঙ্খৈঃ প্রসন্নাগ্রৈস্তব পুত্রেণ ধন্বিনা। অর্দ্দ্যমানাঃ শরৈস্তূর্ণং ন্যপতন্ পাণ্ডুসৈনিকাঃ ॥১৭॥
ন তাদৃশং রণে কর্ম্ম কৃতবন্তস্তু তাবকাঃ। যাদৃশং কৃতবান্ রাজা পুত্রস্তব বিশাংপতে। ॥১৮॥
পুত্রেণ তব সা সেনা পাণ্ডবী মথিতা রণে। নলিনী দ্বিরদেনেব সমন্তাৎ ফুল্লপঙ্কজা ॥১৯॥
ক্ষীণতোয়ানিলার্কাভ্যাং হতত্বিড়িব পদ্মিনী। বভুব পাণ্ডবী সেনা তব পুত্রস্য তেজসা ॥২০॥
পাণ্ডুসেনাং হতাং দৃষ্ট্বা তব পুত্রেণ ভারত!। ভীমসেনপুরোগাস্তং পাঞ্চালাঃ সমুপাদ্রবন্ ॥২১॥
স ভীমসেনং দশভির্মাদ্রীপুত্রৌ ত্রিভিস্ত্রিভিঃ। বিরাটদ্রুপদৌ ষড়্ভিঃ শতেন চ শিখণ্ডিনম্ ॥২২॥
ধৃষ্টদ্যুম্নঞ্চ সপ্তত্যা ধর্ম্মপুত্রঞ্চ সপ্তভিঃ। কৈকেয়াংশ্চৈব চেদীংশ্চ বহুভির্নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥২৩॥
সাত্বতং পঞ্চভির্বিদ্ধা দ্রৌপদেয়াংস্ত্রিভিস্ত্রিভিঃ। ঘটোৎকচঞ্চ সমরে বিদ্ধা সিংহ ইবানদৎ ॥২৪॥
( বিশেষকম্ )

---

লাম্মীশিংগা পাণ্ডবকী লাম্মীশিংগা অকিব তুজুংবা পোক্ন মীকুপ্ত লাম্মী লিশিং লিশিং শিনবগী ফিভমদা শোক্নরক্লে ॥১৪॥ মহারাজ! নুমিৎ চপ্‌ যুংবগী নুমিৎনা তেজগা লোয়ননা চাক্‌লক-পহুগুম্না দুর্য্যোধননসু তেল মপৈতনা তেজ ওইদুনা লালকম্ অদুদা য়েক্নবশিংবু চাক্‌থেকপা হৌরক্‌লে। পাণ্ডবকী লাম্মীশিংনা দুর্য্যোধন লোম্‌দা হংগৎনা য়েংবা ঙম্মকত্রে ॥১৫॥ দুর্য্যোধননা তক্‌শিল্লকপসিদা পাঞ্চাল্ লাম্মীশিং অদু অদুগা পাণ্ডবকী লাম্মীশিং অতৈ অতৈসু মায়কৈ মরি কাংনা কায়দুনা চেন্নত্রে ॥১৬॥ মহারাজ! মহারাজগী নচা ঈবুংঙো অকনবা দুর্য্যোধননা কাপ্‌শিল্লক্‌পা লংলবা থৌরবা তেলশিং অম্ভনা থাবদা পাণ্ডব লাম্মী কয়া কয়া লৈমায় থক্তা তুথনরক্‌লে ॥১৭॥ মহারাজ! মাসিগী নুমিৎকী লান্দা নচা ইবুংঙো দুর্য্যোধননা তৌবসিগুম্না কৌরব পক্ষগী কনাগুম্ব অকনবা অমত্তনা তৌখিদ্রে হায়বা য়াই ॥১৮॥ থম্বাল্ল থম্না শাৎলবা পুখ্রীবু ময়াই কারবা শামু অমনা নৈহৎপহুগুম্না দুর্য্যোধননা পাণ্ডবকী লাম্মীশিংবু নৈহৎপা হৌরক্‌লে ॥১৯॥ নুমিৎনা নত্রগা নুংশিৎনা পুখ্রীগী ঈশিংনা কংথহনপ্রবদা পুখ্রীদুগী মশাদা ফজবা লৈতবদুগুম্না দুর্য্যোধননা নৈরক্‌পা চাইথাই-রকপসিদা পাণ্ডব লাম্মী তেঙ্গোলগী ফজব কৌব লৈখিদ্রে ॥২০॥

ভরতনন্দন মহারাজ! নচা ইবুংঙো দুর্য্যোধননা মতৌঅসুম্না পাণ্ডব লাম্মীশিংবু চাইথাইরকপা মতমসিদা পাঞ্চাললাম্মীশিংনা ভীমসেননা মাঙ্‌ থাদুনা দুর্য্যোধন লোমদা চঙশিল্লক্‌ই ॥২১॥ মতম্ অদুদা দুর্য্যোধননা তেল তরানা ভীমদা অহুম্ অহুম্না নকুল সহদেবদা তরুক্না বিরাট দ্রুপদ অনীদা চামনা শিখণ্ডীদা, হুম্ফ্‌তরানা ধৃষ্টদ্যুম্নদা তরেৎনা যুধিষ্ঠিরদা থৌর থৌরবা তেল কয়ানা কেকয় চেদিগী লাম্মীশিংদা মঙানা সাত্যকিদা অহুম্ অহুম্না দ্রৌপদীগী মচাশিংদা অদুগা তেল অমনা ঘটোৎকচদা কয় কয়া থারগা নোংশাগী খোল্লাউ [সিংহনাদ] লাউরক্‌ই ॥২২-২৪॥

শতশশ্চাপরান্ যোধান্ সন্নিপাত্যান্ মহারণে। শরৈরবচকর্ত্তোগ্রৈঃ ক্রুদ্ধোঽন্তক ইব প্রজাঃ ॥২৫॥
সা তেন পাণ্ডবী সেনা বধ্যমানা শিলীমুখৈঃ। তব পুত্রেণ সংগ্রামে বিদুদ্রাব নরাধিপ ! ॥২৬॥
তং তপন্তমিবাদিত্যং কুরুরাজং মহাহবে। নাশকন্ বীক্ষিতুং রাজন্ ! পাণ্ডুপুত্রস্য সৈনিকাঃ ॥২৭॥
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা কুপিতো রাজসত্তম !। অভ্যধাবৎ কুরুপতিং তব পুত্রং জিগীষয়া ॥২৮॥
তাবুভৌ যুধি কৌরব্যৌ সমীয়তুররিন্দমৌ। স্বার্থহেতোঃ পরাক্রান্তৌ দুর্য্যোধনযুধিষ্ঠিরৌ ২৯॥
ততো দুর্য্যোধনঃ ক্রুদ্ধঃ শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ। বিব্যাধ দশভিস্তূর্ণং ধ্বজং চিচ্ছেদ চেষুণা ॥৩০॥
ইন্দ্রসেনং ত্রিভিশ্চৈব ললাটে জঘ্নিবান্ নৃপ !। সারথিং দয়িতং রাজ্ঞঃ পাণ্ডবস্য মহাত্মনঃ ॥৩১॥
ধনুশ্চ পুনরন্যেন চকর্ত্তাস্য মহারথঃ। চতুর্ভিশ্চতুরশ্চৈব বাণৈর্বিব্যাধ বাজিনঃ ॥৩২॥
ততো যুধিষ্ঠিরঃ ক্রুদ্ধো নিমেষাদিব কার্ম্মুকম্। অন্যদাদায় বেগেন কৌরব্যং প্রত্যবারয়ৎ ॥৩৩॥
স শরং স্বর্ণধারস্য ব্যাত্তমত্যুগ্রমনিবারণম্। হা হতোঽসীতি রাজনমুক্ত্বামুঞ্চদ্যুধিষ্ঠিরঃ ॥৩৪॥
স তেনাকর্ণমুক্তেন বিদ্ধো বাণেন কৌরবঃ। নিষসাদ রথোপস্থে ভৃশং সংমূঢ়চেতনঃ ॥৩৫॥

---

শাউরবা যমরাজনা জীবপান্‌বা পুম্বু সংহার তৌরকপন্থগুম্ম দুর্য্যোধননা থৌর থৌরব তেল্ চাম-চামনা খুজিং ওইনা কাপ্‌শিল্লক্তুনা লাঙ্গাও অতুদা পাণ্ডবপক্ষগী শগোল, শামু সারথিগা লোয়ননা রথী চামচামবু খোঙমী লাম্মী লিশিং লিশিংবু ককপা হৌরকলে ॥২৫॥ মহারাজ ! লাল্ অতুদা দুর্য্যোধননা অসুম্না হাচ্চিল্লকপা মতম্ অতুদা পাণ্ডবলাম্মী অয়াম্বা মথ্‌ৱাই পুতুনা চেন্নরক্লে ॥২৬॥ মহারাজ ! কুরুরাজ দুর্য্যোধননা নুমিৎকী মতৌগুম্ন য়েক্লবশিংবু চৈন শীরক্লবা মতম্‌সিদা পাণ্ডবলাম্মীশিংনা মাঙোন্দা হংগৎনায়েংবা ঙম্মরক্ত্রে ॥২৭॥ নিংথৌ অথোইবা ! মতম্ অতুদা খোইনা শাউরবা যুধিষ্ঠিরনা দুর্য্যোধন জয় তৌরগে হায়না খন্দুনা কুরুরাজ দুর্য্যোধন তম্ম ফুজিল্লকই ॥২৮॥ অতুদগীদি কুরুবংশদা পোকমিন্নরবা য়েক্লববু নৈহৎপা ঙম্মরবা, মতীকমগুণ লৈব মান্নরবা, দুর্য্যোধন-যুধিষ্ঠির অনী অসি মাগী মাগী স্বার্থগীদমক হায়বদি সিংহাসন মুন্নবগীদমক্ মুখামুখি ওইনা খেংনবা হৌগ্রে ॥২৯॥ মতম্ অতুদা শাউরবা দুর্য্যোধননা থৌরবা-চুম্‌ত্রিং চুন্নবা তেল্ তরানা যুধিষ্ঠিরদঃ থারগা থৌরবা তেল্ অমনা যুধিষ্ঠিরগী ফিরানবু কক্‌থৎখি ॥৩০॥ মহারাজ! অতুগী তুংদা দুর্য্যোধননা থৌরবা তেল্ অহুমনা যুধিষ্ঠিরগী সারথি ইন্দ্রসেনগী মরায়বক্তা থাখি ॥৩১॥ অতুদগী মহারথী দুর্য্যোধননা তেল্ অমনা যুধিষ্ঠিরগী লীরুংবু কক্‌থৎলগা তেল্ মরিনা শগোল মরিদা থাখি ॥৩২॥ মতম্ অতুদা শাউরবা যুধিষ্ঠিরনা অতোপ্প লীরুং অম পায়খৎতুনা মনম্-মনম্ কাপশিল্লক্তুনা দুর্য্যোধনগী তেল্‌শিং অতুবু থিংতুনা থম্‌খি ॥৩৩॥ "ওস্নোকপনি ! দুর্য্যোধন নং শিরেদে।!"—অসুম্ হায়না হায়রগা যুধিষ্ঠিরনা দুর্য্যোধনদা, অকিবগীমশক কংলবা নুমিৎকী মঙালগুম্না লংলবা, চাক্লবা অমনা থিংবা য়াত্রবা তেল্ অম কাপশিল্লকই ॥৩৪॥ লীরীবু নাকোং মরুকংনা চিংতুনা কাপলকপা, যুধিষ্ঠিরগী লীরুংদগী পাইখোরকপা তেল্ অতুনা থাবদা দুর্য্যোধন অসি জ্ঞান তাদনা রাম্বখিতুনা রথ মথক্ত তুমিন্ন ফমথখি ॥৩৫॥

ততঃ পাঞ্চালসৈন্যানাং ভূশমাসীদ্রবো মহান্। হতো রাজেতি রাজেন্দ্র! মুদিতানাং সমন্ততঃ ॥৩৬॥
বাণশব্দরবশ্চোগ্রঃ শুশ্রুবে তত্র মারিষ!। অথ দ্রোণো দ্রুতং তত্র প্রত্যদৃশ্যত সংযুগে ॥৩৭॥
হৃষ্টো দুর্য্যোধনশ্চাপি দৃঢ়মাদায় কার্ম্মুকম্। তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি রাজানং ব্রুবন্ পাণ্ডবমভ্যয়াৎ ॥৩৮॥
প্রত্যুদ্যযুস্তং ত্বরিতাঃ পাঞ্চালা জয়গৃদ্ধিনঃ। তান্ দ্রোণঃ প্রতিজগ্রাহ পরীপ্সন্ কুরুসত্তমম্।
চণ্ডবাতঃ সমুদ্ধূতো মেঘানগ্নিমুচো যথা ॥৩৯॥
ততো রাজন্। মহানাসীৎ সংগ্রামো ভুবিবর্দ্ধনঃ। তাবকানাং পরেষাঞ্চ সমেতানাং যুযুৎসয়া ॥৪০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে দুর্য্যোধনপরাভবে ত্রয়স্ত্রিংশদধিক-
শততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

——০O০——

নিংথৌ অথোইবা মহারাজ! মতম্ অদুদা "নিংথৌ দুর্য্যোধন শিরে" অসুম হায়না খন্নখিদুনা মায়কৈ পুম্বদা লৈরিবা পাণ্ডবলাম্নীশিংবু হয়াউ সুংঙাইহন্দুনা পাঞ্চাললাম্নীশিংনা লাউখোংনরকই ॥৩৬॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ। মতম্‌সিমক্তদা অকিবগী মশক্ কংলবা তেল কাপ্পকপগী মখোল অম তানখি। মতমদুমক্তদা লালকম অদুদা দ্রোণনা চঙলকপদু মী পুম্নমক্না উনখি ॥৩৭॥ অসুম তৌরিঙৈদা দুর্য্যোধনসু জ্ঞান তারকত্তুনা অচোয়প লীরুং অম পায়খৎলগা "লৈরম্মু-লৈরম্মু" হায়দুনা যুধিষ্ঠির রোমদা কয়া চঙশিল্লকই ॥৩৮॥ মতম্ অদুদা পাঞ্চালশিংনা পুল্লপ্পা দুর্য্যোধনগী নাক্ত চেনশিন্নরকই। মতম্ অদুদা কল্লবা সুংশিৎনা নুং মতুম মতুম, লেম্ন চিংবা হৈথরকপা নোংশিংবু মায়োক য়াবা অদুগুম্না দ্রোণনা চেনশিল্লক্তুনা পাঞ্চালশিংবু থিংদুনা থমখি ॥৩৯॥ মহারাজ! অদুদগী কৌরব-পাণ্ডব পক্ষ অনীগী তন্নম্ থোক্‌ত্রবা লাঞ্চাও অম হৌখ্রে। মাদুদা খুদক্ত পৃথ্বী লৈমায় অসি অশিব হকচাংশিংমক্তনা রাংখৎলকপগুম্ উনখি ॥৪০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা ব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা ঘটোৎকচ বধগী মনুংদা দুর্য্যোধন পরাজয়গী চামকুম্থ্রাহুমদোই শুবা অধ্যায় লোইরে॥

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুস্ত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চামকুনথরামরিশুবা অধ্যায় ।

( ঘটোৎকচবধগী মতুংদা দ্রোণগী অকন্‌বা লান্ )

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ ।

যত্তদা প্রাবিশৎ পাণ্ডূনাচার্য্যঃ কুপিতো বলী । উক্ত্বা দুর্য্যোধনং মন্দং মম শাস্ত্রাতিগং সুতম্ ॥১॥
প্রবিশ্য বিচরন্তঞ্চ রথে শূরমবস্থিতম্ । কথং দ্রোণং মহেষ্বাসং পাণ্ডবাঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥২॥
কেঽরক্ষন্ দক্ষিণং চক্রমাচার্য্যস্য মহাহবে । কে চোত্তরমরক্ষন্ত নিঘ্নতঃ শাত্রবান্ বহূন্ ॥৩॥
নৃত্যন্ স রথমার্গেষু সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ । ধূমকেতুরিব ক্রুদ্ধঃ কথং মৃত্যুমুপেযিবান্ ॥৪॥

### সঞ্জয় উবাচ

সায়াহ্নে সৈন্ধবং হত্বা রাজ্ঞা পার্থঃ সমেত্য চ । সাত্যকিশ্চ মহেষ্বাসৌ দ্রোণমেবাভ্যধাবতাম্ ॥৫॥
তথা যুধিষ্ঠিরস্তূর্ণং ভীমসেনশ্চ পাণ্ডবঃ । পৃথক্ চমূভ্যাং সংযত্তৌ দ্রোণমেবাভ্যধাবতাম্ ॥৬॥
তথৈব নকুলো ধীমান্ সহদেবশ্চ দুর্জয়ঃ । ধৃষ্টদ্যুম্নঃ সহানীকো বিরাটশ্চ সকৈকয়ঃ ।
মৎস্যাঃ শাল্বেয়সেনাশ্চ দ্রোণমেব যযুর্যুধি ॥৭॥
দ্রুপদশ্চ তথা রাজা পাঞ্চালৈরভিরক্ষিতঃ । ধৃষ্টদ্যুম্নপিতা রাজন্ ! দ্রোণমেবাভ্যবর্ত্তত ॥৮॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায় ঃ—সঞ্জয় । মহারথী কল্লবা দ্রোণাচার্য্যনা ঐগী পঙলবা শাস্ত্রগী রা তাবদা, মপানা হায়বা ইন্দবা দুর্য্যোধনদা অসুম্না হায়রম্লগা, পাণ্ডব লান্মী মরক্ত চঙশিংনখিদুনা করি-করি তৌখিবগে মাদু লীয় ॥১॥ কল্লবা, অচৌবা লীরুং পায়রবা দ্রোণদা পাণ্ডবশিংগী লান্মী মরক চঙখিদুনা করি-করি তৌখিবগে মাদুস্থু মথং শীৎনা লীয়ু । মতৌ করম্না দ্রোণবু পাণ্ডবলান্মীশিংনা লিংখিবগে ? ॥৩॥ দ্রোণাচার্য্যনা চাউরবা বেন্থু অম শারকপা মতম অদুদা কনা-কনানা বেন্থু অদুগী মেরংথংবা, কনা-কনানা ওয়থংবা চক্র (মশা) বু ঙাকশেন্দুনা লৈখিবগে ? ॥৪॥ সঞ্জয়না হায় ঃ-মহারাজ ! লীরুং অচৌবা পায়রবা মহারথী অর্জ্জুন অমদি সাত্যকিনা জয়দ্রথ হাৎপ্রবা তুং অসিদা মুমিদাং ঋাইরমদা যুধিষ্ঠিরগা ভিন্নদুনা দ্রোণ তম্ন চঙ্‌শিন্‌খ্রে ॥৫॥ পাণ্ডুগী মচা যুধিষ্ঠিরগা ভীমগা অনীস্থু মাগী মাগী লান্মীশিংগা লোয়নরগা দ্রোণ তম্না চঙ্‌শিন্‌খি ॥৬॥ হৈশিংলবা নকুল, অমনা পাক্ ওন্দ্রবা সহদেব, পাঞ্চাল লান্মীশিংগা লোয়ননা ধৃষ্টদ্যুম্ন, কেকয় লান্মীশিংগা লোয়ননা বিরাট, অদুগা মৎস্যদেশগী শাল্ব দেশগী লান্মীশিং—মখোয় অসি লোইনা দ্রোণ তম্না চঙ্‌শিন্‌খি ॥৭॥ মহারাজ ! ধৃষ্টদ্যুম্নগী মপা, অহল ওইরবা নিংথৌ দ্রুপদ্ম পাঞ্চাল লান্মীশিংনা ঙাক্ শেন্দুনা দ্রোণ তম্না

দ্রৌপদেয়া মহেষাসা রাক্ষসশ্চ ঘটোৎকচঃ। সসৈন্যাস্তেঽভ্যবর্ত্তন্ত দ্রোণমেব মহাদ্যুতিম্ ।৯।
প্রভদ্রকাশ্চ পাঞ্চালাঃ ষট্সাহস্রাঃ প্রহারিণঃ। দ্রোণমেবাভ্যবর্ত্তন্ত পুরস্কৃত্য শিখণ্ডিনম্ ।১০।
তথেতরে নরব্যাঘ্রাঃ পাণ্ডবানাং মহারথাঃ। সহিতাঃ সম্যবর্ত্তন্ত দ্রোণমেব দ্বিজর্ষভম্ ।১১।
তেষু শূরেষু যুদ্ধায় গতেষু ভরতর্ষভ!। বভূব রজনী ঘোরা ভীরূণাং ভয়বর্দ্ধিনী ।১২।
যোধানামশিবা রৌদ্রা রাজন্নন্তকগামিনী। কুঞ্জরাশ্বমনুষ্যাণাং প্রাণান্তকরণী তদা ।১৩।

(যুগ্মকম্)

তস্যাং রজন্যাং ঘোরায়াং নদন্ত্যঃ সর্বতঃ শিবাঃ। প্রবেদয়ন্ ভয়ং ঘোরং সজ্বালকবলৈর্মুখৈঃ ।১৪।
উলূকাশ্চাপ্যদৃশ্যন্ত শংসন্তো বিপুলং ভয়ম্। বিশেষতঃ কৌরবাণাং ধ্বজিন্যামতিদারুণাঃ ।১৫।
ততঃ সৈন্যেষু রাজেন্দ্র! শব্দঃ সমভবন্মহান্। ভেরীশব্দেন মহতা মৃদঙ্গানাং স্বনেন চ ।১৬।
গজানাং বৃংহিতৈশ্চাপি তুরগাণাঞ্চ হেষিতৈঃ। খুরশব্দনিপাতৈশ্চ তুমুলঃ সর্বতোঽভবৎ ।১৭।
ততঃ সমভবদ্যুদ্ধং সন্ধ্যায়ামতিদারুণম্। দ্রোণস্য চ মহারাজ! সৃঞ্জয়ানাঞ্চ সর্ব্বশঃ ।১৮।
তমসা সংবৃতে লোকে ন প্রাজ্ঞায়ত কিঞ্চন। সৈন্যেন রজসা চৈব সমন্তাদ্ভূষিতেন চ ।১৯।
নরস্যাশ্বস্য নাগস্য সমসজ্জত শোণিতম্। নাপশ্যাম রজো ভৌমং কশ্মলেনাভিসংবৃতাঃ ।২০।

---

চঙশিনখি ॥৮॥ দ্রৌপদীগী মচাশিং অহুগা হিংচাবগী অাত্তা পোকপা ঘটোৎকচসু মাগী মাগী লাম্নীশিংগা লোয়ননা দ্রোণ তম্না চঙশিনখি ॥৯॥ পাঞ্চাল দেশগী অমদি প্রভদ্রকবংশগী লাম্নী লিশিং হুম্ফূনা শিখণ্ডীনা মাঙ থারহুনা দ্রোণ তম্না চঙশিল্লকই ॥১০॥ মতৌ অম্নম্না পাণ্ডবপক্ষগী অতৈ অতৈ মহারথীশিংসু মাগী মাগী খোঙমী লাম্নীশিংগা লোয়ননা দ্রোণ তম্না চঙশিনখি ॥১১॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ! অকনবশিং অসিনা চঙশিল্লকপা মতম্সিদা, কিগনবা পাণ্ডবা মীশিংগীদি পূক্নীংদা তুজুংবা পোক্লকম্ ওইরবী লাম্নীশিংগী মফম্দা অমঙ্গল পীননবগী মশক ওইরবী, শগোল-শামু-রথী খোঙমীশিংগী থরাই চুপ্পনবগী মূর্ত্তি পুরবী অকিবগী মশক ওইরবী তম্থিরবী কালরাত্রি হায়রবীদো থুঙরে ॥১২-১৩॥ লমহুইশিং মপৈনা অহিং অহুদা খোং খোংলহুনা তম্থিনা খুদোংথীরবা থৌদোক অম থোক্লগদৌরে হায়না ঈঙ্গিত তৌরি। খোংলিবা লমহুইশিং অহুনা মচীন্দগী মৈরি ফ্-ফ্ কাম্খোরকই ॥১৪॥ অকিবগী মশক ওইরবা, তম্থিরবা শককম্ পুরবা মকুশিংসু খোংখোংহুনা পাইথোক্নরকলে। পাইথোকনরকলিবা মকুশিং অসিগী অয়াম্বনা কৌরব লাম্নী মথক্তা পাইবা উই ॥১৫॥ নিংথৌ অথোইবা! অহুদগীদি পক্ক অনীমক্তগী লাউনরকপা তম্থিরবা খোঞ্জেল্না মায়কৈপূম্ব পূনিন্ নিনখি। অহুদগীদি পুংশেল্যন্ত্রশিং মথোম্ন অমুক পুম্নিন্ নিনখি ॥১৬॥ অহুদগী শগোল্শামুশিংনা খোংবগী অহুগা মথোয়না চেনবদা লৈমায়থক্ত মথোঙনা থাবগী মথোম্ন মীকুপ খুদিংগী অম্নম্নম্ হেনগৎলকই ॥১৭॥ মহারাজ! অহুগী তুংদা সন্ধ্যাগী মতম্দা দ্রোণগা সৃঞ্জয়শিংগা মথোয়সিগী অকিবগী মশক ওইদবা লাঞ্জাও অহু হৌরে ॥১৮॥ সন্ধ্যাগী মমশিল্লকপগী মৈথু-উফুলগা য়াম্নবী অমম্বনা মী অমগমগ শকশা থঙনব্রিদে ॥১৯॥ মতম

রাত্রৌ বংশবনস্যেব দহ্যমানস্য পর্ব্বতে। ঘোরশ্চটচটাশব্দঃ শস্ত্রাণাং পততামভূৎ ॥২১॥
মৃদঙ্গানকনির্হ্রাদৈর্ব্বরীপটহৈস্তথা। ফেৎকারৈর্হ্রেষিতৈঃ শব্দৈঃ সর্ব্বমেবাকুলং বভৌ ॥২২॥
নৈব স্বে ন পরে রাজন্নজ্ঞায়ন্ত তমোবৃতে। উন্মত্তমিব তৎ সর্ব্বং বভূব রজনীমুখে ॥২৩॥
ভৌমং রজোঽথ রাজেন্দ্র! শোণিতেন প্রণাশিতম্। শাতকুম্ভৈশ্চ কবচৈর্ভূষণৈশ্চ তমোঽভ্যগাৎ ॥২৪॥
ততঃ সা ভারতী সেনা মণিহেমবিভূষিতা। দ্যৌরিবাসীৎ সনক্ষত্রা রজন্যাং ভরতর্ষভ ॥২৫॥
গোমায়ুবলসংঘুষ্টা শক্তিধ্বজসমাকুলা। বারণাভিরুতা ঘোরা ক্ষ্বেড়িতোৎক্রুষ্টনাদিতা ॥২৬॥
তত্রাভবন্মহান্ শব্দস্তুমুলো লোমহর্ষণঃ। সমাবৃণ্বন্ দিশঃ সর্ব্বা মহেন্দ্রাশনিনিস্বনঃ ॥২৭॥
সা নিশীথে মহারাজ! সেনাদৃশ্যত ভারতী। অঙ্গদৈঃ কুণ্ডলৈর্নিষ্কৈঃ শস্ত্রৈশ্চৈবাবভাসিতা ॥২৮॥

---

অহুদা ঐথোয়গী লাম্মীপুম্বা তোক্‌ম্ খঙখিন্ত্রে। তাইবংমীগী শামুগী শগোলগী ঈ মথল অহুম্ পূমত্তিন তিন্নখ্রে। মহুমক্তনা উফুল ফ্রঙ-ফ্রঙ হোরম্ব লাল্‌কম্ অহুদা উফুল রাইক্‌ল্ হোরকপা অমুক উনাখিন্ত্রে ॥২০॥ আহংদা চৌওথক্ত লম্মৈ কন্ন চাকলকলগা রাং চাউরবা রা ময়ামগী মখোন্ন "প্রোক প্রাক" লাউনা থোরকপহুগুম্না খুৎলায় জাৎজাৎনা তারকপগী খেংনবগী মখোন্না ছেৎ-ছাৎ-ছেৎ-ছাৎ লাউনা লাল্‌কম্ অহু পুম্নিন নিল্‌হনখি ॥২১॥ পুংজাও, পুংমচা, পুংঅচেম্ন, পেরে-শিঙ্গানচিংবা পুংশেল যন্ত্রগী মখোলগা শগোল শামুশিংনা খোংবগী মখোলগা পূমতিন তিন্নখ্রে। মখোল্ অহু তাবদা নাকোং মেন্দুনা খাঙনখি ॥২২॥ মহারাজ! অমম্বনা কূপাখবহুদা কনানা কদোম্‌গী মীচংনো হায়বা অমত খঙনাখন্ত্রে। লাম্মী অমমম্না অঙাওবগী মতৌগুমখ্রে ॥২৩॥ নিংথৌ অথোইবা! ঈগী ঈচেল মথং মথং চেন্থরকপহুনা নোংমদোনপক্ত হাইগৎলম্ব উকুল্ মপৈমপৈ খিংখ্রে। মরক্ মরক্ত মাগী মাগী লাল্‌গী ফীজোন্দা হৎপা-খিনবা মণিমুক্তাগী সনাগী মশেক্ মঙাম্না, অমম্বহুবু ওহাক্ ওহাক্ কোকহল্লি ॥২৪॥ ভরতশাগেগী অথোইবা! লাম্মীশিং অহুগী ফীজোন্দা হৎপখিন্‌বা মণিমুক্তানা মরক মরক্ত তগুপতরেংলবী মন্নবী অহিংগী অমম্বহুনা, থরানমিচান্না কুপকেৎ-কাকেৎনা লৈতেংলবা নোংমদোম্বকী মতৌগুম্‌খি ॥২৫॥ অহুদগী ক্বাক লমহুইনচিংবা শাহিংঙাহিং চাবা শাউচেকশিংনা লাকথু-লাকথুনা খোংব হৌরকই। মাহু তাবদা শগোলশামুনচিংবম্থ অকি অখংবগা লোয়ননা লাউন-খোংনরকই। মরক মরক্ত অকনবলাম্মীশিংগী সিংহনাদ লাউবম্নী খোঞ্জেলম্থ হায়দোনরকলি। হাইগৎ-থাংগৎনরকপা থাঙ-তা-কিরাস্তনা পক্ষ অনীমক অকিবম্নী মশক পুখি ॥২৬॥ অহুদগীদি ওম্থোক ওম্থোকপা খুৎলায় কাপথোক লংথোকনরকপগী মখোম্না বজ্র তাবগী মখোল্‌গুম্ হৌনা-হৌনা মায়গৈপূম্বা পূম্নিন নিলহনখি ॥২৭॥ মহারাজ! খুৎলায়শিং অহুগী থেংনবদগী হোরকপা মৈঙাল অহুনা লাম্মীশিং অহুগী মথক্ত, মপাম্বোমদা, মথ্ঙাঙদা, খুদাংদাশিবা লীক্কোল্‌না য়ৈবদা, অমুমুক ঙাম্থোরকপদা পক্ষ অনীমক্কী লাম্মীশিং অহু ওহাক ওহাক

তত্র নাগা রথাশ্চৈব জাম্বূনদবিভূষিতাঃ। নিশায়াং প্রত্যদৃশ্যন্ত মেঘা ইব সবিদ্যুতঃ ॥২৯॥
ঋষ্টিশক্তিগদাবাণমুষলপ্রাসপট্টিশাঃ। সম্পতন্তঃ স্ম দৃশ্যন্তে ভ্রাজমানা ইবাগ্নয়ঃ ॥৩০॥
দুর্য্যোধনপুরোবাতাং রথনাগবলাহকাম্। বাদিত্রঘোষস্তনিতাং চাপবিদ্যুদ্ধ্বজৈর্বৃতাম্ ॥৩১॥
দ্রোণপাণ্ডবপর্জ্জন্যাং খড়্গশক্তিগদাশনিম্। শরধারাস্ত্রপবনাং ভৃশং শীতোষ্ণসঙ্কুলাম্ ॥৩২॥
ঘোরাং বিস্মাপনীমুগ্রাং জীবিতচ্ছিদমপ্লবাম্। তাং প্রাবিশন্নতিভয়াং সেনাং যুদ্ধচিকীর্ষবঃ ॥৩৩॥
( বিশেষকম্ )

তস্মিন্ রাত্রিমুখে ঘোরে মহাশব্দনিনাদিতে। ভীরূণাং ত্রাসজননে শূরাণাং হর্ষবর্দ্ধনে ॥৩৪॥
রাত্রিযুদ্ধে মহারাজ! বর্ত্তমানে সুদারুণে। দ্রোণমভ্যদ্রবন্ ক্রুদ্ধাঃ সহিতাঃ পাণ্ডুসৃঞ্জয়াঃ ॥৩৫॥
( যুগ্মকম্ )

যে যে প্রমুখতো রাজন্নবর্ত্তন্ত মহাত্মনঃ। তান্ সর্ব্বান্ বিমুখাংশ্চক্রে কাংশ্চিন্নিন্যে যমক্ষয়ম্ ॥৩৬॥

---

তোঙাল্ তোঙান্ন উহৌবদু মন্ডায়রে ॥২৮॥ মতম অদুদা, সনা লুপা মণিমুক্তা মথল্ মথল্লা থাম্রবা কীজোল্ লৈতেংনা কৃপ্লবা শগোল্ শামু রথ ময়াম অদু অমমন্না নোংথাংগা লোয়নবা নোং মতুম্ অমমমৃগী মতৌগুম্ উখি ॥২৯॥ মরক অদুদা গদা, য়োচ্ছুক, তা, তেল্, শীঙজং অসিনচিংবা খুৎলায়শিং অসি অমমম্না মৈরি অমমমৃগী মতৌগুম্না উব ফংখি ॥৩০॥

পাকচাউরবা, অকিবগী মশক ওইরবা পক্ষ অনীগী তেঙ্গোল মপৈ অনীদু বর্ষাঋতুগী অহিংগী মতৌগুমথে। দুর্য্যোধননা মাঙদা শীৎপা-হুন্বা নুংশিৎ ইপোমগী মশকনি। শামু রথ অমমন্না নোং মপাক অমমম্ ওইথ্রে। পুং শেলগী মখোন্না নোং খোংব ঙংবগী মখোল ওইথ্রে। অখোয় অখোয়বা লীকুংশিং অদু অমমন্না নোং মরী অমমম ওইথ্রে। দ্রোণ অমদি পাণ্ডবশিংনা নোং অমমমগী মশক্ ওইদুনা লংনরকপা থাঙ তা গদা বজ্র অমদি তেল মপৈ-মপৈনা চুথরকপা নোংগী মরীগী মশক্ ওইথ্রে। লান্মীশিং অদুগী মশাদা অমুকন্তু অঙ্গৈংবা কাওই অমসুং অশাবা কাওই। লান্মী পুম্নমক্কী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোকখি। লান্মী লিশিং-লিশিং পক্ষ অনীমক্তগী হাইথুনরকলি। মাদুদগী লান্থোক্কুনা চেন্নখিননবগী উপায় কনা অমতগী লৈনরম্দে। অদুগা অমম্বগী ঈপাক্ অদুদা লান্মীশিং অদু চোংথনথ্রে ॥৩১-৩২॥ মহারাজ! হৌর-হোরবা খোঞ্জেন্না অদুগা মখোলশিং অদুদগী খোন্থাং মথং-মথং থোকখিবা ইনিন্না পুমথল থল্লবা, কিগন্-বশিংগী মকমদ অকিবগী মশক্ ওইবা, অকনবা তমখিবা লান্মীশিংগী মফমদদি নুংঙাইনকম পুক্নীং থৌগৎফম ওইবা অদুগুম্বা অমম্বা মতমনা ওইরকলবদুদা পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডবশিংগী লান্মীশিংনা সৃঞ্জয়শিংগা তিন্নদুনা দ্রোণ তম্না ফুজিল্লকই ॥৩৪-৩৫॥ মহারাজ! মখোয় অদুগী অমাম্বদি দ্রোণগী মমাঙদা লেপ্ল ঙমদদুনা হন্দোক্লথ্রে, খরবুনা দ্রোণনা যমালয়দা অদুম্ থাথ্রে ॥৩৬॥

তানি নাগসহস্রাণি রথানামযুতানি চ। পদাতিহয়সংঘানাং প্রযুতান্যর্ব্বুদানি চ।
দ্রোণেনৈকেন নারাচৈর্নির্ভিন্নানি নিশামুখে ॥৩৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে দ্রোণযুদ্ধে চতুস্ত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:0:——

অহুগুম্বা য়াচংব মতমদগী লৈশিল্লকলবা মমবা মতম অমদি লালকম অহুদা শায়ু লিশিং-লিশিংবু রথী অযুত-অযুতপু, খোঙমী নিযুত নিযুতপু, শগোল অর্ব্বুদ অর্ব্বুদপু দ্রোণ মথন্তনা য়েন্তুম মচীন শাবা তেল মপৈ-মপৈনা শিংগুপ শান-শান থিনগাই হোগাম্লহন্থি ॥৩৭॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা ঘটোৎকচবধগী মনুংদা দ্রোণযুদ্ধগী চামকুন্থ্রামরি শুবা অধ্যায় লোইয়ে।

———

# শ্রীমহাভারতম্

## *পঞ্চত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।*

চামকুন্থ্রামঙাশুবা অধ্যায়

( "ঘটোৎকচ বধ"গী মনুংদা ভীমগী থৌনা )

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

তস্মিন্ প্রবিষ্টে দুর্দ্ধর্ষে সৃঞ্জয়ানমিতৌজসি। অমৃষ্যমাণে সংরব্ধে কা বোঽভূদ্বৈ মতিস্তদা ॥১॥
দুর্য্যোধনং তথা পুত্রমুক্ত্বা শাস্ত্রাতিগং মম। যৎ প্রাবিশদমেয়াত্মা কিং পার্থঃ প্রত্যপদ্যত ॥২॥
নিহতে সৈন্ধবে বীরে ভূরিশ্রবসি চৈব হি। যদভ্যগান্মহাতেজাঃ পাঞ্চালানপরাজিতঃ ॥৩॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায় ঃ—সঞ্জয়। চাংদমনিংঙাই লৈতনা তেজ লৈরবা, লাকঙমক্তাঙমত্রবা দ্রোণনা য়েক্লবগী কাওবুনা আক্রমন তৌশিল্লকপদু য়েংদুনা খাঙদুনা লৈবা ভুম্মকৃত্রহুনা, থোইনা শাউখিদুনা সৃঞ্জয় লাম্মী মরক্ত চঙশিনখিবা মতম অদুদা অউবা নখোয় খ্বাইগী পুক্নীংদু কমদৌখি ? ॥১॥ কয়াগী মতিক কনবগে হায়বদু হায়নীঙাই লৈতবা দ্রোণনা শাস্ত্রগী রা চত্তবা, মমা মপানা হায়বা ইন্দবা ঈচা দুর্য্যোধনদা রাহৈ খরহু হায়রম্লগা পাণ্ডব লাম্মী তেজোল মরক্ত চঙশিনখিবা মতম অদুদা অর্জ্জুননা করি-করি তৌখি ? ॥২॥ জয়দ্রথ অদুগা অকনবা ভূরিশ্রবানা দুগ্রবদা,

কিমমন্ত্রত দুর্দ্ধর্ষে প্রবিষ্টে শত্রুতাপনে। দুর্য্যোধনস্তু কিং কৃত্বাং প্রাপ্তকালমমন্ত্রত ॥৪॥
কে চ তং বরদং বীরমন্বযুর্দ্বিজসত্তমম্। কে বাহস্য পৃষ্ঠতোঽগচ্ছন্ বীরাঃ শূরস্য যুধ্যতঃ।
কে পুরস্তাদবর্ত্তন্ত নিঘ্নতঃ শাত্রবান্ রণে ॥৫॥
মন্যেঽহং পাণ্ডবান্ সর্ব্বান্ ভারদ্বাজশরার্দ্দিতান্। শিশিরে কম্পমানা বৈ কৃশা গাব ইব প্রভো। ॥৬॥
প্রবিশ্য স মহেষ্বাসঃ পাঞ্চালানরিমর্দ্দনঃ। কথং নু পুরুষব্যাঘ্রঃ পঞ্চত্বমুপজগ্মিবান্ ॥৭॥
সর্ব্বেষু যোধেষু চ সঙ্গতেষু রাত্রৌ সমেতেষু মহারথেষু।
সংলোড্যমানেষু পৃথগ্‌বলেষু কে বস্তদানীং মতিমন্ত আসন্ ॥৮॥
হতাংশ্চৈব বিষক্তাংশ্চ পরাভূতাংশ্চ শংসসি। রথিনো বিরথাংশ্চৈব কৃতান যুদ্ধেষু মামকান্ ॥৯॥
তেষাং সংলোড্যমানানাং পাণ্ডবৈর্হতচেতসাম্। অন্ধে তমসি মগ্নানামভবৎ কা মতিস্তদা ॥১০॥
প্রহৃষ্টাংশ্চৈবোদগ্রাংশ্চ সন্তুষ্টাংশ্চৈব পাণ্ডবান্। শংসসীহাপ্রহৃষ্টাংশ্চ বিত্রস্তাংশ্চৈব মামকান্ ॥১১॥

---

তেজ লৈরবা, কনাগী মথুত্ত মায়খিবা কংত্রিবা দ্রোণাচার্য্যনা পাঞ্চালশিংগী মরক্তা চঙখিবা মতমদা অর্জুননা করি করি তৌখি ? ॥৩॥ লাকতমকাঙমত্রবা, য়েক্রবা তম্বা দ্রোণনা চঙশিনখিবা মতমসিদা অর্জুনগী পূরীং অম্ব কমদৌখি ? মতম্ অত্তদা করি তৌব হৌনবগে হায়বত্ত মুম্না খল্লগা দুর্য্যোধননা মতম অত্তদা করি-করি থবক্ পাযখৎপনা চুম্মি হায়না খনখিবগে ? ॥৪॥ কনা কনানা, বিজাগী বর পীনহৈবা, অকনবা ব্রাহ্মণ অথোইবা দ্রোণবু থাদোক্তনা লৈখিবগে ? অকনবা কনা কনানা লালথেংনত্তনা লৈরিবা দ্রোণ মহাকপু থাদোক্তনা মতুং ইন্নখিবগে ? মহাক্না য়েক্লবশিংবু হাচ্চিল্লকপা মতমসিদা মাগী মাঙ থাত্তনা চংখিবা মরিল লৈবনা কনা কনানো ? ॥৫॥ রারী লীবা হৈবা সঞ্জয়! ঐনা অস্তম খনবদা পাণ্ডবশিং অদো দ্রোণগী তেজ্ব পানবদা খাঙবা তমদত্তনা নোং নুংশিত্তা থক্-থক্ নীক্লবা শম্বীশিংগী মতো গুম্মমগনি ॥৬॥ লীক্লং অচোবা পায়বা, য়েক্রবা নৈহৎপা তম্বা, নিপা, অথোইবা, দ্রোণ কৌবত্তনা পাঞ্চালশিং মরক্তা চঙখিত্তনা করম হায়না য়েক্রবগী মথুত্তা নোংগাথ্রিবনো ? ॥৭॥ সঞ্জয়! অচিং অমম্বা য়ৌশিল্লক্লবা মতম্ অত্তদা লাম্মীশিংনা মাগী-মাগী তেঙ্গোলদগী চোংথে ক্লবক্লবা মতমত্তদা, অকনবা মহারথীশিং অত্তনা অমগমগ থেংনরক্ত্না মাগী-মাগী য়েক্রবগী লাম্মীশিংবু নৈখাইরকপা মতম অত্তদা অউবা নখোয়গী মনুংদা কনা কনাগী পূক্নী অমদি থম্মোয়না ঈনা তপথনা লৈবা তমখিবগে ? ॥৮॥ সঞ্জয়! নংনা হায়খিববু পাণ্ডবশিংনা ঐগী ঈচাগী পক্ষগী রথীশিংবু হাৎখি, ভুহনখি, মায়থীবা পীখি অসি নত্রা ? অত্তগা অয়াম্ববু রথ য়াওহনখিদে হায়বসি নংনা হায়খি ॥৯॥ অমম্বা মকম্ মতম্ অত্তদা পাণ্ডবশিংনা কৌরবপক্ষগী অকনবশিংবু নৈখাইখি হায়না নংনা লীখি। মতম অত্তদা অউবা নখোয়গী জ্ঞান মাঙলিনি হায়না খল্লি। অত্তনা মতম অত্তদা নখোয়গী ওইখিবা কিভম অমদি পূক্নীনা মতো করম্ তৌখিবা অসি পুন্নমকসি লীয় ॥১০॥

সঞ্জয়! নংন হায়খি—পাণ্ডবশিংদি নুমিৎচুপ্পা ময়ায় কায়, কিবা লৈতে, ঈমুংত নুংঙাইত্তনা লৈ। অত্তগা ঐগী পক্ষগী লাম্মীশিংনা নুমিৎচুপ্পা মায়থোং লাংশিন্দুনা চেন্দুনা ভাক্ লৈ ॥১১॥

কথমেবাং তদা তত্র পার্থানামপলায়িনাম্। প্রকাশমগমজ্জ্যোতিঃ কথং কুরুষু সঞ্জয়। ।১২।

## সঞ্জয় উবাচ।

রাত্রিযুদ্ধে তদা রাজন্! বর্ত্তমানে সুদারুণে। দ্রোণমভ্যদ্রবন্ সর্ব্বে পাণ্ডবাঃ সহ সোমকৈঃ ।১৩।
ততো দ্রোণঃ কেকয়াংশ্চ ধৃষ্টদ্যুম্নস্য চাত্মজান্। সংপ্রৈষয়ৎ প্রেতলোকং সর্ব্বানিষুভিরাশুগৈঃ ।১৪।
তস্য প্রমুখতো রাজন্। যেঽবর্ত্তন্ত মহারথাঃ। তান্ সর্ব্বান্ প্রেষয়ামাস পিতৃলোকং স ভারত। ।।১৫।।
প্রমথ্নন্তং তদা বীরান্ ভারদ্বাজং মহারথম্। অভ্যবর্ত্তত সংক্রুদ্ধঃ শিবী রাজন্! প্রতাপবান্ ।।১৬।।
তমাপতন্তং সংপ্রেক্ষ্য পাণ্ডবানাং মহারথম্। বিব্যাধ দশভির্বাণৈঃ সর্ব্বপারশবৈঃ শিতৈঃ ।।১৭।।
তং শিবিঃ প্রতিবিব্যাধ ত্রিংশতা নিশিতৈঃ শরৈঃ। সারথিঞ্চাস্য ভল্লেন স্ময়মানো ন্যপাতয়ৎ ।।১৮।।
তস্য দ্রোণো হয়ান্ হত্বা সারথিঞ্চ মহাত্মনঃ। অথাস্য সশিরস্ত্রাণং শিরঃ কায়াদপাহরৎ ।।১৯।।
ততোঽস্য সারথিং ক্ষিপ্রমন্যং দুর্য্যোধনোঽদিশৎ। স তেন সংগৃহীতাশ্বঃ পুনরভ্যদ্রবদ্রিপূন্ ।।২০।।
কলিঙ্গানামনীকেন কালিঙ্গস্য সুতো রণে। পূর্ব্বং পিতৃবধাৎ ক্রুদ্ধো ভীমসেনমুপাদ্রবৎ ।।২১।।
স ভীমং পঞ্চভির্বিদ্ধ্বা পুনর্বিব্যাধ সপ্তভিঃ। বিশোকং ত্রিভিরাজঘ্নে ধ্বজমেকেন পত্রিণা ।।২২।।

---

ফয়ে, অমবু ওইরবস্নু অমবু ওইরবস্নু, অহিং অদুদা, অমম্বদা, চেন্নদ্রবা কৌরব-পাণ্ডব পক্ষ
অনীমক্কী লান্মীশিংনা কদাইদগী মঙাল লৌরক্লুনা অমগমগ উনদুনা শোক্লখিবগে ? ॥১২॥ সঞ্জয়না
হায়:—মহারাজ। অকিবগী মশক্ ফংলবী রাত্রিদেবীনা অস্থম্ চঙশিল্লকলবদা পাণ্ডবশিংনা
সোমকশিংগা লোয়নননা দ্রোণলোমদা ফুজিল্লকই। ॥১৩॥ মতম্ অদুদা খুৎলৈ থুরবা দ্রোণনা
থৌর থৌরবা তেন্না কেকয়শিংবু অদুগা ধৃষ্টদ্যুম্নগী মচাশিংবু লোইনা মথল্লাই লৌখি ॥১৪॥ ভরতনন্দন
মহারাজ। মতম অদুদা দ্রোণনা মাগী মমাঙদা হেক চঙজকপা রথী মহারথী মখৈ যমালয়দা
থাখি ॥১৫॥ মহারাজ। মতৌ অস্থুম্না দ্রোণনা পাণ্ডব লান্মীশিংবু নৈখাইরকপা মতম্‌সিদা কল্লবা
মতীক মগুণ লৈরবা শিবি হায়বদো শাউদুনা দ্রোণগী মমাঙদা হোচ্চিল্লকই ॥১৬॥ পাণ্ডবপক্ষ-
য়োমদগী থোরকপা মহারথী শিবিদা দ্রোণনা থৌরবা য়োৎকী তেল্ তরানা মঙোন্দা কম্না
থাখি ॥১৭॥ মতম্ অদুদা শিবিনা মোমোন্ নোক্তুনা থোওইরুদনা থোরবা তেল কুম্থ্রানা
দ্রোণদা থাখি। তামচীনশাবা তেল অমনা দ্রোণগী সারথিবু লৈমায় থক্ত ভুহনখি ॥১৮॥
অদুগী তুংদা শাউরবা দ্রোণনা শিবিগী সারথিগা শগোলগা হাৎলবা মতুংদা কোয়েৎকা লোইনরবা
শিবিগী কোক্ অদু হকচাংদগী তোঙাল্লা তাহন্দুনা লৈমায় থক্তা থাদখি। ॥১৯॥ অদুগী
তুংদা দ্রোণনা অতোপ্পা সারথি অমদা রথ অদুবু থৌনবা য়াথং পীখি। সারথি অতোপ্পা
অদুনা রথ অদু থৌদুনা শগোল চুপলি পায়খৎতুনা দ্রোণবু লালগী অতোপ্পা মায়কৈ অমদা
পুশিনখি ॥২০॥ অসোমদা কলিঙ্গ নিংথৌগী মচা নিপা অদুনা, মমাঙৈদা মাগী মপাবু ভীমনা
হাৎখিবদুগী শুংঙাইতবনা লমন খুমগে হায়দুনা লান্মী মপৈ অমগা লোয়নননা ভীমসেন তন্না
চঙশিল্লকই ॥২১॥ মহাক্না থৌরবা তেল মঙানা ভীমদা থারগা অমুকস্থ তেল তরেৎনা ভীমদা

কলিঙ্গানাস্ত তং শূরং ক্রুদ্ধং ক্রুদ্ধো বৃকোদরঃ। রথাদ্রথমতিক্রম্য মুষ্টিনা নিজঘান হ ॥২৩॥
তস্য মুষ্টিহতস্যাজৌ পাণ্ডবেন বলীয়সা। সর্ব্বাণ্যস্থীনি সহসা প্রাপতন্ বৈ পৃথক্ পৃথক্ ॥২৪॥
তং কর্ণো ভ্রাতরশ্চাস্য নামৃষ্যন্ত পরন্তপ।। তে ভীমসেনং নারাচৈর্জঘ্নুরাশীবিষোপমৈঃ ॥২৫॥
ততঃ শত্রুরথং ত্যক্ত্বা ভীমো ধ্রুবরথং গতঃ। ধ্রুবঞ্চাস্যন্তমনিশং মুষ্টিনা সমপোথয়ৎ।
স তথা পাণ্ডুপুত্রেণ বলিনাভিহতোঽপতৎ ॥২৫॥
তং নিহত্য মহারাজ। ভীমসেনো মহাবলঃ। জয়রাতরথং প্রাপ্য মুহুঃ সিংহ ইবানদৎ ॥২৭॥
জয়রাতমথাক্ষিপ্য নদন্ সব্যেন পাণিনা। তলেন নাশয়ামাস কর্ণস্যৈবাগ্রতঃ স্থিতম্ ॥২৮॥
কর্ণস্তু পাণ্ডবে শক্তিং কাঞ্চনীং সমবাসৃজৎ। ততস্তামেব জগ্রাহ প্রহসন্ পাণ্ডুনন্দনঃ ॥২৯॥
কর্ণায় চৈব দুর্দ্ধর্ষশ্চিক্ষেপাজৌ বৃকোদরঃ। তামাপতন্তীং চিচ্ছেদ শকুনিস্তৈলপায়িনা ॥৩০॥
এতৎ কৃত্বা মহৎ কর্ম্ম রণেঽদ্ভুতপরাক্রমঃ। পুনঃ স্বরথমাস্থায় দুদ্রাব তব বাহিনীম্ ॥৩১॥
তনায়াস্তং জিঘাংসন্ত ভীমং ক্রুদ্ধমিবান্তকম্। ন্যবারয়ন্ মহাবাহুং তব পুত্রা বিশাংপতে।।
মহতা শরবর্ষেণ চ্ছাদয়ন্তো মহারথাঃ ॥৩২॥

---

কম্না থাখি। অতুদগী মহাক্না তেল অহুমনা ভীমগী ফিরালবু ককৃথৎখি ॥২২॥ মতম্ অদুদা ভীমনা থোইনা শাউখিদুনা মহাক্কী রথদগী কল হেক্ চোংথদুনা মহাক্কী রথ মথক্তা চোংথৎখিদুনা ভীমনা মাগী কল্লবা খুতুম্ অদুনা কলিঙ্গ নিংথৌগী মথবাক্ত কম্না শুখি ॥২৩॥ কল্লবা ভীমনা মাগী খুতুম্না শুবদুদা কলিঙ্গ নিংথৌগী মচাগী হকচাংদগী শরুভারু পুম্বা হকচাংদগী তোডাল তোডাল তাখি ॥২৪॥ থেরুবা ওম্বা মহারাজ! মাক্ত উবদা কর্ণ অমদি কর্ণগীমচাশিং অসি খাওদুনা লৈবা ওম্মকৃত্রে। মথোয় মরাম্ হৌদুনা য়েতুম মচীন্ শাবা তেল্ মপৈ মপৈনা ভীমলোম্দা অতৎ-অথম্ লৈতনা কাপশিল্লকই ॥২৫॥ অদুগী তুংদা ভীমনা কলিঙ্গ নিংথৌ মচাহুগী রথদগী চোংথখিদুনা ধ্রুবগী রথ মথক্তা চোংথৎখি। অদুদা ভীমনা মহাক্কী খুদুম্ অদুনা ধ্রুবগী থজীন্দা কম্না খাখি। ভীমনা থাবদুদা ধ্রুব হারবসিম্ন লৈমায় থক্তা তুখি ॥২৬॥ মহারাজ! কল্লবা ভীমনা ধ্রুববু হাৎলবা তুংদা জয়রাতকী রথ মথক্ত অমুক চোংথৎখিদুনা নোংশাগী মতোওম্না খোঞ্জেল হৌনা হন্না হন্না লাউরকই ॥২৭॥ অদুদগী ভীমনা মখুৎ ওইনা জয়রাতকী মশম্ পায়দুনা চিংথদুনা মখুৎ য়েৎথংবগী খুদুম্না শুদুনা জয়রাতকী মথরাই লৌখি ॥২৮॥ ভীমনা অশুম্ তৌরিবৈদা কর্ণনা শাংলবা তা অমা ভীম তম্না লংশিল্লকই। পাইশিল্লকলিবা তা অদুবু ভীমনা নোক্না নোক্না মখুৎনা তাপ পাই ॥২৯॥ কল্লবা ভীমনা তা অদুবু অমুক্ কর্ণয়োমদা লংশিল্লকই শকুনিনা মতম্ অদুদা থাও তৈদুনা শৃং নাল্লবা কেল অমনা তা অদুবু লম্মথংদা কক্থৎতুনা থাদখি ॥৩০॥

মহারাজ! অঙকৃপ কংনা কল্লবা ভীমনা অচৌ অচৌবা, মীচম্ অমনা তৌওমদবা থবক্ তৌরম্মগা মাগী হান্নগী রথদা কাখৎখি, অদুদগী মহারাজগী কৌরবলাম্নীশিংয়োমদা কুজিনখি ॥৩১॥ মহারাজ! ভীমসেননা শাউরবা যমরাজওম্না লোইনা তুম্ন হাৎলগে হায়না তৌরকলবসিদা মহারাজগী

দুর্ম্মদস্তু ততো ভীমঃ প্রহসন্নিব সংযুগে। সারথিঞ্চ হয়াংশ্চৈব শরৈর্নিন্যে যমক্ষয়ম্ ॥৩৩॥
দুর্ম্মদস্তু ততো যানং দুষ্কর্ণস্যাবপুপ্লুবে। তাবেকরথমারূঢ়ৌ ভ্রাতরৌ পরতাপনৌ ॥৩৪॥
সংগ্রামশিরসো মধ্যে ভীমং দ্বাবপ্যধাবতাম্। যথাম্বুপতিমিত্রৌ হি তারকং দৈত্যসত্তমম্ ॥৩৫॥
( যুগ্মকম্ )

ততস্তু দুর্ম্মদশ্চৈব দুষ্কর্ণশ্চ তবাত্মজৌ। রথমেকং সমারুহ্য ভীমং বাণৈরবিধ্যতাম্ ॥৩৬॥
ততঃ কর্ণস্য মিষতো দ্রৌণেদুর্য্যোধনস্য চ। কৃপস্য সোমদত্তস্য বাহ্লীকস্য চ পাণ্ডবঃ ॥৩৭॥
দুর্ম্মদস্য চ বীরস্য দুষ্কর্ণস্য চ তং রথম্। পাদপ্রহারেণ ধরাং প্রাবেশয়দরিন্দমঃ ॥৩৮॥
( যুগ্মকম্ )

ততঃ সুতৌ তে বলিনৌ শূরৌ দুষ্কর্ণদুর্ম্মদৌ। মুষ্টিনাহত্য সংক্রুদ্ধো মমর্দ্দ চ ননাদ চ ॥৩৯॥
ততো হাহাকৃতে সৈন্যে দৃষ্ট্বা ভীমং নৃপাব্রুবন্। রুদ্রোঽয়ং ভীমরূপেণ ধার্ত্তরাষ্ট্রেষু যুধ্যতি ॥৪০॥
এবমুক্ত্বা পলায়ন্ত সর্ব্বে ভারত! পার্থিবাঃ। বিসংজ্ঞা বাহয়ন্ বাহান্ ন চ দ্বৌ সহ ধাবতঃ ॥৪১॥

---

নচা ঈবুঙোশিংনা অতৎ অথম্ লৈতনা তেন্ কাপশিল্ কাপশিন্না ভীম তম্না চেল্‌শিল্লকৃই ॥৩২॥ মতম্ অদুদা ভীমনা ফাক্-ফাক্ নোক্ল-নোক্লা তেল মপৈ অমনা দুর্ম্মদগী শগোল্ অদুগা সারথিবু যমালয়দা থাখি ॥৩৩॥ অদুদগী দুর্ম্মদ অসি দুষ্কর্ণগী রথদা চোংখৎথি! মমাঙৈদা মিত্র-বরুণ অনীনা তারক কৌবা দৈত্যগী মক্মদা চেন্‌শিন্‌খিবদুগুম্না দুর্ম্মদগা দুষ্কর্ণ মচৌল্ মনাও অনী অসি রথ অমতদা, তোংমিন্নদুনা ভীম তম্না চঙশিল্লকৃই ॥৩৪-৩৫॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা দুর্ম্মদ-দুষ্কর্ণ নচাঈবুঙো অনীসি রথ অমতদা তোংমিন্নদুনা হোচ্চিল্লকতুনা ভীমদা অতৎ অথম্ লৈতনা কাপ্‌শিল্লকলে ॥৩৬॥ অদুগী তুংদা কর্ণ, অশ্বত্থামা, দুর্য্যোধন কৃপ, সোমদত্ত, বাহ্লীক—অকনবশিং অসিগী মাঙমক্তদা য়েক্লব ওস্না ভীমনা প্রপ্রপ্ হোচ্চিনখিদুনা মখোয় অনীগী রথ অদুবু খোংপাক্লা কাওদুনা ঈন্‌থুই। অদুদগী রথ অদু তংখাই অমরোম্ লৈমুংদা কৃম্‌জিনখি ॥৩৭-৩৮॥ দুর্ম্মদ-দুষ্কর্ণ অনী অসি মখোয়গী রথ অদুদগী চোংথদুনা ভীমদা হোচ্চিল্লকপদা ভীমনা মখোয় অনীবু খুতুম্না শু-শুদুনা নৈহৎখি। অদুদগী ভীমনা সিংহনাদ কম্ন লাউরকই ॥৩৯॥ অদুদগী লান্মী পুম্নমক্ হাহাকার লাউনখি। ময়ামনা করি হায়না লাউনখিবগে হায়ববু "রুদ্রনা ভীমগী মূর্ত্তি লৌদুনা, ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংগা নম্নদুনা ওহাক্ ওহাক্ শান্নরি। অদুগা হেক্ হেক্ লোইখোকলি।"—অসিনি ॥৪০॥ ভরতনন্দন, মহারাজ! অসুম্না হায়নদুনা কৌরব লান্মী অয়াম্বা মাগী মাগী শাদোংদা তোংখৎ-কাখৎনদুনা লালকম্ থাদোকতুনা চেম্নরকলে ॥৪১॥ সক্ক্যা ওইশিল্লক্লবদা কৌরবলান্মী অয়াম্বা মশা চোকৃথনরকলে। ময়াম্ন ভীমসেনবু বাখান্ তৌনখি। হকচাং অমদি থম্মোয়গী পান্জন্দা মীথোই মিংহেল্লবা; ওাঙলবা থম্বাল লৈনা মান্‌বা মীৎ অনীনা মহাকী ওইবা ভীমসেন অসি মখুৎ মশাদ্র ঈনা পুমতৈ তৈদুনা ময়াম্মুং যুধিষ্ঠিরগী

ততো বলে ভৃশলুলিতে নিশামুখে সুপূজিতো নৃপবরৈর্বৃকোদরঃ।
মহাবলঃ কমলবিবুদ্ধলোচনো যুধিষ্ঠিরঃ নৃপতিমপূজয়জ্জয়ী ॥৪২॥
ততো যমৌ দ্রুপদবিরাটকেকয়া যুধিষ্ঠিরশ্চাপি পরাং মুদং যযুঃ।
বৃকোদরং ভৃশমভিপূজয়ংশ্চ তে যথান্ধকে প্রতিনিহতে হরং সুরাঃ ॥৪৩॥
ততঃ সুতাস্তব বরুণাত্মজোপমা রুষান্বিতাঃ সহ গুরুণা মহাত্মনা।
বৃকোদরং সরথপদাতিকুঞ্জরা যুযুৎসবো ভৃশমভিপর্য্যবারয়ন্ ॥৪৪॥
ততোঽভবত্তিমিরঘনৈরিবাবৃতে মহাভয়ে ভয়দমতীবদারুণম্।
নিশামুখে বৃকবলগৃধ্রমোদনং মহাত্মনাং নৃপবর! যুদ্ধমদ্ভুতম্ ॥৪৫॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে ভীমসেনপরাক্রমে পঞ্চত্রিংশদধিক-
শততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

——(:0:)——

---

নাক্ত নোল্লকা চণ্ডশিল্লকতুনা খুরৈম্মে ॥৪২॥ মতম অদুদা ভীমবু উবদা নকুল, সহদেব, দ্রুপদ, বিরাট, কেকয়শিং, অমদি যুধিষ্ঠির—মখোয়পূম্বসি থোক্কদোক্লা হয়াউ পুংভাইখি। অন্ধকাসুরবু হাৎলবা তুংদা দেবতাশিংনা মহাদেবগী লৈশি লৈথোনখিবদুগুম্না, অকন্‌বশিং অসিনা ভীমসেনবু লৈশি লৈখোল্লুনা থাগৎখি ॥৪৩॥ মহারাজ! অদুদগীদি বরুণগী মচাগুম্বা নচা ঈবুঙোশিং থৱা লৈরিবদুনা ভীমনা তৌখ্রিবা থবক অসিদা অশাউবা পোকখিদুনা শগোল শায়ু ভোংবা লাম্মীশিং অদুগা খোঙমীশিং পুদুনা দ্রোণমক্কা লোয়নননা চণ্ডশিল্লকতুনা, ভীমবু কোয়শিনখি ॥৪৪॥ নিংথৌ অথোক্কবা মহারাজ! অদুদগীদি মুরবা নোংগী মতৌগুম্না মন্নবা অদুগা তম্‌থিনা অকিবগী মশক পুরবী অদুগুম্বা অহিংদা, লাংজা, কাক্, লমহুই কৈনচিংবগী মখোই কাকম্-লুংঙাইনকম্ ওইরবা অঙকৃপা কংনা অকিবগী মশক্ ওইরবা লাপ্পাও অদু অমুক হোৎখ্রে ॥৪৫॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা ঘটোৎকচবধগী মনুংদা ভীমপরাক্রমগী কুন্থরামঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

———

# শ্রীমহাভারতম্

## ষট্ত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চামকুন্থরাতরুকশুবা অধ্যায়

("ঘটোৎকচ বধ"গী মনুংদা অশ্বত্থামাগী মথৌনা)

——(:0:)——

সঞ্জয় উবাচ।

প্রায়োপবিষ্টে তু হতে পুত্রে সাত্যকিনা তদা। সোমদত্তো ভৃশং ক্রুদ্ধঃ সাত্যকিং বাক্যমব্রবীৎ ॥১॥
ক্ষত্রধর্ম্মঃ পুরা দৃষ্টো যস্তু দেবৈর্মহাত্মভিঃ। তং ত্বং সাত্বত! সন্ত্যজ্য দস্যুধর্ম্মে কথং রতঃ ॥২॥
পরাঙ্মুখায় দীনায় ন্যস্তশস্ত্রায় সাত্যকে!। ক্ষত্রধর্ম্মরতঃ প্রাজ্ঞঃ কথং নু প্রহরেদ্রণে ॥৩॥
দ্বাবেব কিল বৃষ্ণীনাং তত্র খ্যাতৌ মহারথৌ। প্রদ্যুম্নশ্চ মহাবাহুস্ত্বঞ্চৈব যুধি সাত্বত ॥৪॥
কথং প্রায়োপবিষ্টায় পার্থেন ছিন্নবাহবে। নৃশংসং পতনীয়ঞ্চ তাদৃশং কৃতবানসি ॥৫॥
কর্ম্মণস্তস্য দুর্বৃত্ত! ফলং প্রাপ্নুহি সংযুগে। অদ্য ছেৎস্যামি তে মূঢ়! শিরো বিক্রম্য পত্রিণা ॥৬॥
শপে সাত্বত। পুত্রাভ্যামিষ্টেন সুকৃতেন চ। অনতীতামিমাং রাত্রিং যদি ত্বাং বীরমানিনম্ ॥৭॥

---

**সঞ্জয়না হায়ঃ**—মহারাজ! সাত্যকিনা, মচা ধ্যান তৌহনা ভুমিন্ন লৈজখ্রবদা ভূরিশ্রবাবু হাৎখিবহুদা শাউরবা মপা সোমদত্তনা অস্নম্না হায়রকই ঃ— ॥১॥ সাত্যকি! পূকচেল্ চাউরবা লাইশিংনা মুম্না রাখল্ বিচার তৌহনা ক্ষেত্রিয়শিংগী কূপ্লবা ধর্ম্মবু নিয়ম তৌহনা থনম্মবনি। মাগুবু থাদোকত্তুনা করিগীদমক্ চণ্ডাল অমদি হুরানবনা তৌগদবা থবকপু নংনা লালফম্দা তৌখি? ॥২॥ সাত্যকি! ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মগী কূপ্লবা নিয়মগী মতুং ইন্না চৎপা মীনা, লালফম্দা অকন্বানি হায়হনা, মমাল্ল ওন্দুনা চেল্লবা অরাবা তারবা, মথুত্ত থুৎলায় য়াওদ্রবা য়েক্লববু করিগী হাৎকনি? ॥৩॥ সাত্বতবংশদা পোকপা! বৃষ্ণিবংশদা হৌজিক্ অকন্ববনি হায়না শীংখানবা য়াবসি মীশক অনীতনি মহুদি নং অম, প্রদ্যুম্ন অমা ॥৪॥ অর্জ্জুননা মপাম্বোম্ নাম্ ককথৎখিহনা ভুমিম্না ধ্যান তৌহনা কম্বখ্রবা ঈচা ভূরিশ্রবাগী মথক্তা নংনা পতিত ওইরবা, চণ্ডাল মুংশি হৈতবা, মহাপাপী অমগী মতৌক্তা করিগী থুৎলায় শীজিন্নখি? ॥৫॥ হে কত্রবা! দুরাচারী! মহাপাপী! নংনা তৌখ্রিবা কত্রবা, মহাপাপকী থবক্ অদুগী মহৈ ফংজৌ হৈ! মূর্খ! নংবু ওসিদি ঐনা নওক ককতুনা নপাপ অদু কোক্লবা তৌবিরনি। ॥৬॥ বৃষ্ণি শাগৈগী মৈতাল্ অশিবা! তাজৌ হৈ! ঐগী হৌজিক লৈরিব ঈচা অসিমস্থ অহুগা অগ্নিহোত্রনচিংবা তৌখিবা যজ্ঞশিংহুগী মহৈপুন্থ মাওখিবা ওইসনু।

অরক্ষ্যমাণং পার্থেন জিষ্ণুনা সসুতানুজম্। ন হন্যাং নরকে ঘোরে পতেয়ং বৃষ্ণিপাংসন। ॥৮॥

( যুগ্মকম্ )

এবমুক্ত্বা সুসংক্রুদ্ধঃ সোমদত্তো মহাবলঃ। দধ্মৌ শঙ্খঞ্চ তারেণ সিংহনাদং ননাদ চ ॥৯॥

ততঃ কমলপত্রাক্ষঃ সিংহদংষ্ট্রো দুরাসদঃ। সাত্বতো ভৃশসংক্রুদ্ধঃ সোমদত্তমথাব্রবীৎ ॥১০॥

কৌরবেয়! ন মে ত্রাসঃ কথঞ্চিদপি বিদ্যতে। ত্বয়া সার্দ্ধমথান্যৈশ্চ যুধ্যতো হৃদি কশ্চন ॥১১॥

যদি সর্বেণ সৈন্যেন গুপ্তো মাং যোধয়িষ্যসি। তথাপি ন ব্যথা কাচিত্ত্বয়ি স্যান্মম কৌরব! ॥১২॥

যুদ্ধসারেণ বাক্যেন সতামবমতেন চ। নাহং ভীষয়িতুং শক্যঃ ক্ষত্রবৃত্তে স্থিতস্ত্বয়া ॥১৩॥

যদি তেঽস্তি যুযুৎসাদ্য ময়া সহ নরাধিপ!। নির্দ্দয়ো নিশিতৈর্বাণৈঃ প্রহর প্রহরামি তে ॥১৪॥

হতো ভূরিশ্রবা বীরস্তব পুত্রো মহারথঃ। শলশ্চৈব মহারাজ! ভ্রাতৃব্যসনকর্ষিতঃ ॥১৫॥

ত্বাঞ্চাপ্যদ্য বধিষ্যামি সপুত্রং সহবান্ধবম্। তিষ্ঠেদানীং রণে যত্তঃ কৌরবোঽসি মহারথঃ ॥১৬॥

যস্মিন দানং দমঃ শৌচমহিংসা হ্রীর্ধৃতিঃ ক্ষমা। অনপায়ীনি সর্ব্বাণি নিত্যং রাজ্ঞি যুধিষ্ঠিরে ॥১৭॥

---

হে সত্য! সত্য নংনা সাক্ষী ওইসনু। অর্জ্জুননা করিগুম্বা নংবু কন্‌বিথবদি কন্‌বিথে, নত্রবদি অহিং অসি লেস্রিবৈদা নংবু নংগী খোঙলোয় অমদি নচানসু পুম্বগা লোয়ননা ঐনা হাৎপ হেক্ মঙমগ্রবা, অদু ওইরবদি ঐসি তম্‌থীরবা তুক্কচরবা নরকত তাব ওইরসনু ॥৭-৮॥ রা অসি হায়দুনা খোইদোক্পা শাউরবা সোমদত্ত অসি মোইবুং খোংগৎলকই, সিংহনাদ লাউরকই ॥৯॥ অদুগী তুংদা থম্বাল মীত্তা তারবা, নোংশাগুম্বা লাম্দ লাকৃঙম্ ফাঙমদবা সাত্যকি অসি খোইদোক্পা শাউদুনা সোমদত্তদা অসুম্না হায়খি ॥১০॥

সাত্যকিনা হায়ঃ—সোমদত্ত! নংনা অদুম্ন ঙাওলগা ঐনা কিগদবা নত্তে। লালকম অসিদা কৌরবপক্ষদা লৈরিবশিংসিগী মনুংদা ঐনা কিগদবা মীশক্ অমত য়াওদে। ঙাঙগদবগী শক্তক্, লাল্ তৌ ॥১১॥ কুরুবংশদা পোকপা! অরান্‌ব পক্ষগী মীচঙ! তিল্লরিব কৌরবলাম্নী পুম্নমক্ অসি পুত্না নংনা চঙলক্লবসু ঐগী পুক্নীংদা থুক্কৎপা মিপাইবা করিমত লৈরোই ॥১২॥ ঐ ক্ষত্রিয়ধর্ম্মগী লীকৃলম্ কায়দনা চৎলি। অদুনা সোমদত্ত! লাল্ নত্তনা নংগী অসিগুম্ব রাহৈ রাতানা ঐগী থম্মোয়দা অকিবা পোকহনবা থক্ য়ারোয়, খঙঙ্ ॥১৩॥ নিংথৌ! নহাক্ ঐগা থেংননীঙলবদি, মুংশিহৈব ওইগনু, নংগী থৌরবা তেলগী মপেন্থ ঐঙোন্দ কম্ন কাপ্‌চরকূউ। অদুগা নংসু ঐগী চৈফু থঙজো ॥১৪॥ নিংথৌ! নংগী কল্লবা, মহারথী ওইরবা নচা ভূরিশ্রবাদো ঈখুত্ত তুম্‌গ্রে। মনাও শল কৌবদুসু ময়াম্বগী মত্তং ইঞ্জগ্রে ॥১৫॥ অদুগা নংসু নচাগী মত্তং ইন্নিংলগা নচাশিং লৈরিবা অদুগা নংগী খোঙলোয়শিং অসিগা লোয়ননা লোইখোক্‌পিরগে লাউ। হন্‌গনু, নংদি কুরুবংশদা পোকৃপনি, মহারথীনি, নিপ্যানি। অদুনা, লাল্গী শেম্‌শাউ ॥১৬॥ দান,

সুদক্ষকেতোস্তস্য ত্বং তেজসা নিহতঃ পুরা। সকর্ণসৌবলঃ সংখ্যে বিনাশমুপযাস্যসি ॥১৮॥

(যুগ্মকম্)

শপেঽহং কৃষ্ণচরণৈরিষ্টাপূর্ত্তেন চৈব চ। যদি ত্বাং সমুতং পাপং ন হন্যাং যুধি বোধিতঃ।
অপযাস্যসি চেত্ত্যক্ত্বা রণং মুক্তো ভবিষ্যসি ॥১৯॥

এবমাভাষ্য চান্যোন্যং ক্রোধসংরক্তলোচনৌ। প্রবৃত্তৌ শরসম্পাতং কর্ত্তুং পুরুষসত্তমৌ ॥২০॥

ততো রথসহস্রেণ নাগানাময়ুতেন চ। দুর্য্যোধনঃ সোমদত্তং পরিবার্য্য ব্যবস্থিতঃ ॥২১॥

শকুনিশ্চ সুসংক্রুদ্ধঃ সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ। পুত্রপৌত্রৈঃ পরিবৃতো ভ্রাতৃভিশ্চেন্দ্রবিক্রমৈঃ।
স্যালস্তব মহাবাহুর্বজ্রসংহননো যুবা ॥২২॥

সাগ্রং শতসহস্রন্তু হয়ানাং তস্য ধীমতঃ। সোমদত্তং মহেষ্বাসং সমন্তাৎ পর্য্যরক্ষত।
রক্ষ্যমাণশ্চ বলিভিশ্ছাদয়ামাস সাত্যকিম্ ॥২৩॥

তং ছাদ্যমানং বিশিখৈর্দৃষ্ট্বা সন্নতপর্ব্বভিঃ। ধৃষ্টদ্যুম্নোঽভ্যযাৎ ক্রুদ্ধঃ প্রগৃহ্য মহতীং চমূম্ ॥২৪॥

চণ্ডবাতাভিসৃষ্টানামুদধীনামিব স্বনঃ। আসীদ্রাজন্! বলৌঘানামন্যোন্যমভিনিঘ্নতাম্ ॥২৫॥

---

ইন্দ্রিয় খুথম্ চনবা, পূর্ত্তীতকচাংদা তশেংন লৈবা, মীওোন্দ লাল্লুদবা, ঈকায় খওবা, তপথবা, কনাবহেবা—হায়রিবা গুণশিং অসে অমাঙ অতা লৈতনা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরদা লৈবনি। নংদি সোমদত্ত! পূজাও-য়েকপা ফিরাম্ন লৈতেংবা রথদা তোংবা যুধিষ্ঠির হায়বসে—মাগী তেজনা হাম্না চাক্‌থেক্তুনা লোইরবনি। অদুনা নং খিস্ত মণ্ডায়রে—কর্ণগা শকুনিগা লোয়নন সংসারদগী নশক্ উরোইদৌবা ॥১৭-১৮॥ "হে! সোমদত্ত! ঐসু রাশক্লি। কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীগী চরণনা সাক্ষী ওইসনু, ঐনা তৌজরকপ যাগযজ্ঞ আগ্নিহোত্রনচিংবনসু সাক্ষী ওইসনু, ঐ ঙসি শোম্নদনা, নংবু নচাশিং নরূপ-নপাংশিংগা লোয়ননা যমালয়দা থাবিখিগে। লালকম থাদোকতুনা চেক্ত্রবদি তান্নবিরোই—চেনবতনা নংগীমুক্তি ওইগনি" ॥১৯॥ মতৌ অসুম্না— সোমদত্ত-সাত্যকি অনীসি মমীত্ত ঈ- কানদুনা ঙহাক থীনা য়াকন। ভাওনরম্নগা খুৎলায় মনম্-মনম্ কাপশিল্ লংশিন্দুনা য়াম্ন খিনখি ॥২০॥ মতম্ অসিদা দুর্য্যোধন অসি রথী লাম্নী লিশিং অমগা শাম্ন অযুত অমগা লোয়ননা সোমদত্ত কোয়শিন্দুনা ঙাকশেন্দুনা থমখি ॥২১॥ মহারাজ! খুৎলাম্ন পাম্নবগী অথোইবা, মপাম্বোম চাউরবা, বজ্রগুম্ কল্লব-উইরবা হকচাংনা মাগী ওইবা, পাখং মপুং কারবা নশেল্ ঈবুঙো শকুনিসু য়াম্ন শাউখিগ্ননা, মচামশূশিংগা অমদি ইন্দ্রগুম্ কল্লবা মনাওশিংগা লোয়ননা, মখোয়না ঈকোয় কোয়শিল্লদুনা সোমদত্তগী মতেং পাংগদবগী লেপতুনা লৈখি ॥২২॥ শিংলবা, মীতেক্ মিরৌ থওলবা শকুনিগী লখা অমরোম্‌দগী হেনবা শগোল তোংবা লাম্নীশিংনা মহারথী সোমদত্তবু কোয়শিন্দুনা থমখি। অসুম্না ঙাক্‌শেল্লবা সোমদত্তনা থৌর থৌরবা তেল ঙাক্ত সাত্যকি তম্ন কাপশিল্লকই ॥২৩॥

সাত্যকি অসি তেন্ন পুম্‌য়োম্ য়োম্‌খিবত্ত উবদা শাউরবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা পাক্‌চাউরবা লাম্নী মপৈ অম পুদুনা সোমদত্ত তম্না ফুজিল্লকই ॥২৪॥ মহারাজ! মতম অসিদা পক্ষ অনীমক্কী

বিব্যাধ সোমদত্তস্তু সাত্বতং নবভিঃ শরৈঃ। সাত্যকির্নবভিশ্চৈনমবধীৎ কুরুপুঙ্গবম্ ॥২৬॥
সোঽতিবিদ্ধো বলবতা সমরে দৃঢ়ধন্বিনা। রথোপস্থং সমাসাদ্য মুমোহ গতচেতনঃ ॥২৭॥
তং বিমূঢ়ং সমালক্ষ্য সারথিস্ত্বরয়ান্বিতঃ। অপোবাহ রণাদ্বীরং সোমদত্তং মহারথম্ ॥২৮॥
তং বিসংজ্ঞং সমালক্ষ্য যুযুধানশারর্দিতম্। অভ্যধাবত্ততো দ্রোণো যদুবীরজিঘাংসয়া ॥২৯॥
তমায়ান্তমভিপ্রেক্ষ্য যুধিষ্ঠিরপুরোগমাঃ। পরিবব্রুর্মহাত্মানং পরীপ্সন্তো যদূদ্বহম্ ॥৩০॥
ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং দ্রোণস্য সহ পাণ্ডবৈঃ। বলেরিব সুরৈঃ পূর্ব্বং ত্রৈকল্যোজয়কাঙ্ক্ষয়া ॥৩১॥
ততঃ সায়কজালেন পাণ্ডবানীকমাবৃণোৎ। ভারদ্বাজো মহাতেজা বিব্যাধ চ যুধিষ্ঠিরম্ ॥৩২॥
সাত্যকিং দশভির্ব্বাণৈর্বিংশত্যা পার্ষতং শরৈঃ। ভীমসেনঞ্চ নবভির্নকুলং পঞ্চভিস্তথা ॥৩৩॥
সহদেবং তথাষ্টাভিঃ শতেন চ শিখণ্ডিনম্। দ্রৌপদেয়ান্ মহাবাহুঃ পঞ্চভিঃ পঞ্চভিঃ শরৈঃ ॥৩৪॥
বিরাটং মৎস্যমষ্টাভির্দ্রুপদং দশভিঃ শরৈঃ। যুধামন্যুং ত্রিভিঃ ষড়্‌ভিরুত্তমৌজসমাহবে।
অন্যাংশ্চ সৈনিকান্ বিদ্ধা যুধিষ্ঠিরমুপাদ্রবৎ ॥৩৫॥ (বিশেষকম্)
তে বধ্যমানা দ্রোণেন পাণ্ডুপুত্রস্য সৈনিকাঃ প্রাদ্রবন্ বৈ ভয়াদ্রাজন্। সার্ত্তনাদা দিশো দশ ॥৩৬॥
কাল্যমানন্তু তৎ সৈন্যং দৃষ্ট্বা দ্রোণেন ফাল্গুনঃ। কিঞ্চিদাগতসংরম্ভো গুরুং পার্থোঽভ্যয়াদ্দ্রুতম্ ॥৩৭॥

---

লান্মীশিংনা, মুংশিৎনা ঈৎক্ হৌরবা ঈপাক্কী ঈথক্‌শিংনা অমগমগা থক্‌থায় থেংগাইনবত্তুগুম্না কম্ন থৈংনখি ॥২৫॥ মতম অত্তুদা সোমদত্তনা থোরবা তেল মাপন্না সাত্যকিদা থাখি। সাত্যকিনস্থ তেন মাপন্না সোমদত্তদা থাখি ॥২৬॥ কল্লবা, লীরুং খুত্নম চেৎনা পায়রবা সাত্যকিনা য়াম্না শাথিনা থাখিবত্নদা সোমদত্ত অসি জ্ঞান তাদনা রাস্থখি ॥২৭॥ মহারথীত্তুনা রাস্থখিবত্নু উবদা সারথিনা রথ অত্নু থ,না য়াঙনা থোদোকখিত্তনা সোমদত্তবু লাল্‌ফম্‌দগী থৈদোকখি ॥২৮॥ সোমদত্তনা রাস্থখিবসি উবদা শাউবনা মৈ হৌরব দ্রোণ অসি সাত্যকিবু হেক্ক হাৎলগে হায়না থন্দুনা চেল্‌শিল্লকই ॥২৯॥ মাত্তু উবদা মহাত্মা ওইরবা যুধিষ্ঠির অত্তুগা পাণ্ডব লান্মীশিংনা চেন্‌শিল্লক্ক,না দ্রোণবু পূমকোয় কোয়ত্নুনা থৎখি ॥৩০॥ অত্তুগী তুংদা মমাংঙৈদা মরোল অহুম্বু জয় তৌগে হায়না তান্নরক্‌পদা লাইয়াম্‌গা বলিগা থেংনখিবত্তুগুম্না পাণ্ডবশিংগা দ্রোণগা কম্না অকিব ফংনা থেংনখি ॥৩১॥ অত্তুগী তুংদা মহাতেজ কল্লবা দ্রোণনা পাণ্ডব লান্মীশিংবু তেম্ন কৃপতুনা থম্লগা যুধিষ্ঠিরদা কম্ন থাজিন্‌খি ॥৩২॥ অত্তুগী তুংদা কল্লবা দ্রোণনা তেল তরানা সাত্যকিদা, কুম্ন ধৃষ্টদ্যুম্নদা, মাপন্ন ভীমসেনদা, মঙানা নকুলদা, নিপান্ন সহদেবদা, চামনা শিখণ্ডীদা, মঙা-মঙানা দ্রৌপদীগী মচাশিংদা, নিপান্ন মৎস্যদেশগী নিংথৌ বিরাটদা, তরানা পাঞ্চাল নিংথৌ দ্রুপদদা, অহুমনা যুধামন্যুদা, তরুক্না উত্তমৌজাদা, অত্তুগা অতৈ লৈরিবা লান্মীশিং অত্তুদা তেল খর থরনা মীপুম খীৎনা থারম্মগা, যুধিষ্ঠির তম্ন থ,না থৌজিনখি ॥৩৩-৩৫॥ মহারাজ! দ্রোণনা হাচ্চিল্লক্‌পসি উবদা পাণ্ডবলান্মী পুম্নমক্ হাহাকার লাউনত্তুনা মায়কৈপূম্বা ফাংনা চেন্নরক্‌লে ॥৩৬॥

দ্রোণনা পাণ্ডবশিংবু য়াম্ন নৈরকপসি উবদা অর্জ্জুন অসি খজিক্কং শাউই। অত্তুদগী অর্জ্জুন

দৃষ্ট্বা দ্রোণন্তু বীভৎসুমভিধাবন্তমাহবে। সংন্যবর্ত্তত তৎ সৈন্যং পুনর্যোদ্ধিষ্ঠিরং নৃপ!।
ততো যুদ্ধমভূদ্ভূয়ো ভারদ্বাজস্য পাণ্ডবৈঃ ॥৩৮॥
দ্রোণস্তব সুতৈ রাজন্! সর্ব্বতঃ পরিবারিতঃ। ব্যধমৎ পাণ্ডুসৈন্যানি তুলরাশিমিবানলঃ ॥৩৯॥
তং জ্বলন্তমিবাদিত্যং দীপ্তানলসমদ্যুতিম্। রাজন্নিশমস্যন্তং দৃষ্ট্বা দ্রোণং শরাচ্চিষম্ ॥৪০॥
মণ্ডলীভূতধন্বানং তপন্তমিব ভাস্করম্। দহন্তমহিতান্ সৈন্যে নৈনং কশ্চিদবারয়ৎ ॥৪১॥
( যুগ্মকম্ )
যো যো হি প্রমুখে তস্য তস্থৌ দ্রোণস্য পুরুষঃ। তস্য তস্য শিরশ্ছিত্ত্বা যযুর্দ্রোণশরাঃ ক্ষিতিম্ ॥৪২॥
এবং সা পাণ্ডবী সেনা বধ্যমানা মহাত্মনা। প্রদুদ্রাব পুনর্ভীতা পশ্যতঃ সব্যসাচিনঃ ॥৪৩॥
সংপ্রভগ্নং বলং দৃষ্ট্বা দ্রোণেন নিশি ভারত!। গোবিন্দমব্রবীজ্জিষ্ণুর্গচ্ছ দ্রোণরথং প্রতি ॥৪৪॥
ততো রজতগোক্ষীরকুন্দেন্দুসদৃশপ্রভান্। চোদয়ামাস দাশার্হো হয়ান্ দ্রোণরথং প্রতি ॥৪৫॥
ভীমসেনোঽপি তং দৃষ্ট্বা যান্তং দ্রোণায় ফাল্গুনম্। স্বসারথিমুবাচেদং দ্রোণানীকায় মাং বহ ॥৪৬॥
সোঽপি তস্য বচঃ শ্রুত্বা বিশোকোঽবাহয়দ্ধয়ান্। পৃষ্ঠতঃ সত্যসন্ধস্য জিষ্ণোর্ভরতসত্তম! ॥৪৭॥

---

অসি দ্রোণ তম্না প্রপ্রপ্র্ চেলশিল্লকই ॥৩৭॥ মহারাজ! অর্জ্জুননা দ্রোণ তম্না ফুজিল্লকপসি উবদা পাণ্ডবলাম্মী চেন্‌খিবশিংডু অমুক্ মমায় ওন্‌শিন্নরকই। অড়দগী অমুক অকনবা লাল্লাও অদু হৌখ্রে ॥৩৮॥ মহারাজ! অতদগীদি নচাঈবুডোশিংনা অদুগা কৌরবলাম্মীশিংনা পুমকোয় কোয়না ভাক্ শেল্লবা দ্রোণাচার্য্যনা, লৈম্নো কংলবা নাপী মপৈ মপৈবু চাক্‌থেক্লক্‌পদুগুম্না পাণ্ডবপাক্ষগী লাম্মীশিংবু থুংলায়তনা চাক্‌থেক্‌পা হৌরকলে ॥৩৯॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা দ্রোণ অসি মৈমি ফংন চাক্‌লবা মৈগী মতৌগুমখি, চাক্‌লবা নুমিৎকী মতৌগুম্না মশেক মঙাম্ন পূমথন্ থন্‌খি। য়েংবদা য়েক্লবশিংগী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোক্লনীঙায় মূর্ত্তিনি। অসিগুম্না দ্রোণনা অতৎ অথম্ লৈতনা মৈগী তেলমক্তা কাপশিল্লক্‌লি, য়েক্লবশিংবু মপৈ-মপৈ চাক্‌থেক্ত্‌না উৎ ওইনা তুমহল্লক্‌লি। পাণ্ডবলাম্মীশিংগী মনুংদা কনানসু দ্রোণবু থিংবা ঙমখিদ্রে ॥৪০-৪১॥ মতম্ অসিদা দ্রোণগী মমাঙদা হেক হোঁচিল্লবমথৈ অকনবা খঙদে-অশোনব খঙদে দ্রোণনা মহাক্ মহাক্কী মঙক্ অদু কক্‌কক্ত্‌না লৈনুংদা ফুমজিনখি ॥৪২॥ অসুম্না দ্রোণনা অকিবা তুজুংবা পোক্ল হাচিল্লকলবা মতমসিদা পাণ্ডবলাম্মী পূম্বা অর্জ্জুননা লৈবা মায়কৈদোমদা চেনশিন্নখি ॥৪৩॥ ভরতনন্দন! অহিং অদুদা দ্রোণগী মখুত্ত পাণ্ডবলাম্মী পূম্ব কায়নদুনা চেনবদু উবদা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা "কৃষ্ণ! দ্রোণনা লৈরিবা অসোমদা রথ অসি হৌজিমক্!"—অসুম্ন হায়খি ॥৪৪॥ অদুগী তুংদা কৃষ্ণনা লুপা, শঙ্গোম, কুন্দো অমদি থাগী মচুবু মথং শীৎন মান্‌বা শগোল মরিনা চিংবা রথ অদু দ্রোণ তম্ন থৌজিল্লকই ॥৪৫॥ অর্জ্জুননা দ্রোণলোমদা থৌজিনখিবদু উবদা ভীমসু মহাক্কী সারথি বিশোকত "দ্রোণ তম্ন থৌজিল্লু" হায়রকই ॥৪৬॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ! বিশোকসু মহারথী ভীমগী য়াথং মতুং ইন্না রথ অদুদা শগোল থ্‌না পাঙ্খিন্দুনা, অর্জ্জুনগী মতুং মতুংদা ইন্নরকই ॥৪৭॥

তৌ দৃষ্ট্বা ভ্রাতরৌ যান্তৌ দ্রোণানীকমভিক্রতৌ। পাঞ্চালাঃ সৃঞ্জয়া মৎস্যাশ্চেদিকারূষকোশলাঃ ॥৪৮॥
অম্বগচ্ছন্ মহারাজ! কেকয়াশ্চ মহারথাঃ। ততো রাজন্নভূদ্ঘোরঃ সংগ্রামো লোমহর্ষণঃ ॥৪৯॥

(যুগ্মকম্)

বীভৎসুর্দক্ষিণং পার্শ্বমুত্তরঞ্চ বৃকোদরঃ। মহদ্ভ্যাং রথবৃন্দাভ্যাং বলং জগৃহতুস্তব ॥৫০॥
তৌ দৃষ্ট্বা পুরুষব্যাঘ্রৌ ভীমসেনধনঞ্জয়ৌ। ধৃষ্টদ্যুম্নোঽভ্যয়াদ্রাজন্। সাত্যকিশ্চ মহাবলঃ ॥৫১॥
চণ্ডবাতাভিপন্নানামুদধীনামিব স্বনঃ। আসীদ্রাজন্। বলৌঘানাং তদাঽন্যোন্যমভিঘ্নতাম্ ॥৫২॥
সৌমদত্তিবধাৎ ক্রুদ্ধো দৃষ্ট্বা সাত্যকিমাহবে। দ্রৌণিরভ্যদ্রবদ্রাজন্। বধায় কৃতনিশ্চয়ঃ ॥৫৩॥
তমাপতন্তং সংপ্রেক্ষ্য শৈনেয়স্য রথং প্রতি। ভৈমসেনিঃ সুসংক্রুদ্ধঃ প্রত্যমিত্রমবারয়ৎ ॥৫৪॥
কার্ষ্ণায়সং মহাঘোরমৃক্ষচর্ম্মপরিচ্ছদম্। মহান্তং রথমাস্থায় ত্রিংশন্নল্বসুবান্তরম্ ॥৫৫॥
বিক্ষিপ্তযন্ত্রসন্নাহং মহামেঘৌঘনিস্বনম্। যুক্তং গজনিভৈর্বাহৈর্ন হয়ৈর্নাপি বারণৈঃ ॥৫৬॥
বিক্ষিপ্তপক্ষচরণবিবৃতাক্ষেণ কূজতা। ধ্বজেনোচ্ছ্রিতদণ্ডেন গৃধ্ররাজেন রাজতা ॥৫৭॥

---

মহারাজ! ভীম অর্জ্জুন মচীনমনাও অনীনা য়াম্না চ্যেকশিন্না দ্রোণলোমদা চঙশিন্খিবন্থু উবদা পাঞ্চাল, সৃঞ্জয়, মৎস্য চেদি, কারূষ, কোশল দেশগী লাম্মীশিংনা অদুগা কেকয়দেশগী লাম্মীশিংনা ভীম অর্জ্জুনগী তুংইন্নরকই। অদুদগীদি মহারাজ! অকিবা অওকপা-মিপাইবা তুজুংবা পোক্পনীঙায় ওইরবা কন্নবা লাম্লাও অমা হৌরে ॥৪৮-৪৯॥ মহারাজ! অদুদগীদি অর্জ্জুননা পাকচাউরবা লাম্মী মপৈ অমা পুহনা কৌরব লাম্মীতেন্দোনগী য়েৎলোমদা, অদুগা ভীমসেননা অরাং পাংবা নাকন্দা কৌরব লাম্মীশিংবু নৈবা হৌরকলে ॥৫০॥ মহারাজ! ভীম অর্জ্জুন অনীনা দ্রোণ তম্না চঙশিনখিবন্থু উবদা কন্নবা ধৃষ্টদ্যুম্ন-সাত্যকি অনীমু দ্রোণ তম্না ফুজিন্নরকই ॥৫১॥ অদুদগী দি নুংশিৎকী চাউরবা-ইপোম্ অমনা ফুজিন্নকপদা সমুদ্রনা ঙংদুনা ঈথক হৌরকপদুগুম্না পক্ষ অনীদুগী লাউনরকপা মখোয় লালকম্ অদু পুম্নমক্ নিনথ্রে ॥৫২॥ মহারাজ! অশ্বত্থামা অসি সাত্যকিনা ভূরিশ্রবা হাৎখিবগী শাউবনা মনা পাইবা য়াদনা লৈরম্বনি। সাত্যকিনা চঙশিন্নকপা উবদা মাবু মহাৎলগে হায়না খল্লুনা অশ্বত্থামা অসি সাত্যকি তম্না প্রপ্রপ্ চঙশিন্নকই ॥৫৩॥ য়েক্লবা অশ্বত্থামানা সাত্যকি তম্না চঙশিন্নকপসি উবদা খোইদোক্না শাউরবা ঘটোৎকচ অসি রথ অমদা তোংখৎতুনা অশ্বত্থামাবু খিংদুনা থমখি ॥৫৪॥ ঘটোৎকচগী রথ অসি য়োৎ অমুবা (ইসপাত)না পুমহৈ ওইনা শাবনি। অকিবগী মশক্ ফংলবা শওমগী থারবা মউন্না কুপ্পি। রথ অদুগী মনুং অকোয়বদু খুদুপ লিশিং তরানিথোইগী লমনি। রথ অদুগী মনুংদা মৈবুল কাপ্থোকনবা চাউরবা যন্ত্র (কল্-তোপ্) অমা থিল্লি। মখল মথা অয়াম্বা লাগগী পোচৈ খুৎশুখুলায় থম্মি। রথ অদুনা চৎলকপা মতম্দা নোংখোংবগী মতৌগুম্ লুম্ন ঙংই। শগোলমু য়াওদে, শামুমু য়াওদে, শগোলগী মওং মানবা শাদোং থরদি রথ অদুদা হাপ্তুনা

লোহিতার্দ্রপতাকং তমন্ত্রমালাবিভূষিতম্। অষ্টচক্রসমাযুক্তমাস্থায় বিপুলং রথম্ ॥৫৮॥
শূলমুদ্গরধারিণ্যা শৈলপাদপহস্তয়া। রক্ষসাং ঘোররূপাণামক্ষৌহিণ্যা সমাবৃতঃ ॥৫৯॥

( কুলকম্ )

তমুদ্যতমহাচাপং নিশম্য ব্যথিতা নৃপাঃ। যুগান্তকালসময়ে দণ্ডহস্তমিবান্তকম্ ॥৬০॥
তত্রস্থং গিরিশৃঙ্গাভং ভীমরূপং ভয়াবহম্। দংষ্ট্রাকরালোগ্রমুখং শঙ্কুকর্ণং মহাহনুম্ ॥৬১॥
ঊর্দ্ধকেশং বিরূপাক্ষং দীপ্তাস্যং নির্ণতোদরম্। মহাশ্বভ্রগলদ্বারং কিরীটচ্ছন্নমূর্দ্ধজম্ ॥৬২॥
ত্রাসনং সর্ব্বভূতানাং ব্যাত্তাননমিবান্তকম্। বীক্ষ্য দীপ্তমিবায়ান্তং রিপুবিক্ষোভকারিণম্।
তমুদ্যতমহাচাপং রাক্ষসেন্দ্রং ঘটোৎকচম্ ॥৬৩॥
ভয়ার্দ্দিতা প্রচুক্ষোভ পুত্রস্য তব বাহিনী। বায়ুনা ক্ষোভিতাবর্ত্তা গঙ্গেবোদ্ধতরঙ্গিণী ॥৬৪॥

( কলাপকম্ )

---

থিন্দুনা থম্মি। রথ অদুগী মথক্তা লংলবা রাংচাউরবা ফিরাল অমা য়ুংভি। ফিরাল অদুগী মথক্ ফিরাল-চৈখোক্ চৈতোন্দা থিল্লিবা পাকচাউরবা লাংজাগী মূর্ত্তি অমনা অতৈং অথম্ লৈতনা পাকৃলবা মশা অনী ফন্দুনা-খপতুনা মমীৎ অনীদু লাউথোকতুনা অকিবা ফংনা তত্তনা খোংভি। রথ অদুগী অকোয়বা নরক্ মরক্তা ঈগী মচুগুম্ ভাওলবা চোৎলবা ফিরাল মচা মচা য়ুংভি। মীগী শা ভাগী খোয়রী নাউরীনা মালা ওইনা লেংলেংতুনা রথকী অকোয়বদা লৈপরেংগুম্ য়েৎলি। ঘটোৎকচগী রথ অসি কাংখ্রোঙ নিপাল পাল্লি। অদুগা ঘটোৎকচনা তোংলিবা অসিগুম্বা রথ অসিগী অকোয়বসি য়োচ্ছুক্ নূংশূক্ গদা উপাল পায়বা অকিবগী মশক্ ফংলবা হিংচাবা লাম্মীশিংনা ঘটোৎকচবু কোয়শিন্দুনা ভাকশেন্দুনা লৈরি ॥৫৪-৫৯॥

প্রলয়গী মতমদা খোরকপা, মখুত্ত চৈতুপ পায়বা শাউরবা যমরাজগুম্বা ঘটোৎকচবু উবদা কৌরব লাম্মী নিংথৌ পুম্বা মিপাইনখি ॥৬০॥ মহারাজ! নুংশিৎনা য়ৈবদা গঙ্গানা ঈথক্ ইরৈগা লোয়ননা পূমলেং লেঙবদুগুম্বা ঘটোৎকচবু উবসিদা মহারাজগী কৌরব লাম্মী তেঙ্গোল্ মপূম্ অদুমা পূমলেঙ লেঙখি। মরমদি ঘটোৎকচগী মশা অসি চীঙদোলগুম রাং চাউই। মশক্কি, অকিবগী মশক্কি। মমায়না মক্রক্ মক্রক্ লাউই, ময়া পরেংনা হেন্না অমুক অকিবগী মশক্কি মনাকোং অনীদু য়োঙ্গীগুম্বা তুম্‌ত্রিক্ তুম্না য়ুংনা পাল্লি। মথদাং পাক্ চাউই, মকোক্কী শম্ অমমম্না য়োচ্চৈগী মতৌগুম্বা চপ চপ য়ুংনা হোই। মমীৎ অনী য়াম্না লাওই। মচীন্ মনুং অদু ভাংসং ভাওনা লংভি। মথবাক্ কল্লি মবুক মথা খোয়দৌ কুৎলি। চাউরবা লৈথুলগুম্বা খোয়ী চরম্ অদু তারকপা মনা মশীং অদুনা পূমচাই চাইনা কুপ্লি। ময়া কাথোক্তুনা চণ্ডকপা যমরাজগী মতৌগুম্বা অকিবগী মসক্কি। য়েক্কবশিংগী মিপাইম্নগী মসক ওইরবা অসিগুম্বা ঘটোৎকচ অসী মাগী চাউরবা লৌরুং অংদা তেঙ্গা খোংলদুনা নোক নোক্‌না লানফম্‌দা

ঘটোৎকচপ্রযুক্তেন সিংহনাদেন ভীষিতাঃ। প্রসুস্রুবুর্গজা মূত্রং বিব্যথুশ্চ নরা ভৃশম্ ॥৬৫॥
ততোঽশ্মবৃষ্টিরত্যর্থমাসীত্তত্র সমন্ততঃ। সন্ধ্যাকালাধিকবলৈঃ প্রযুক্তা রাক্ষসৈঃ ক্ষিতৌ ॥৬৬॥
আয়সানি চ চক্রাণি ভুশুণ্ড্যঃ প্রাসতোমরাঃ। পতন্ত্যবিরলাঃ শূলাঃ শতঘ্ন্যঃ পট্টিশাস্তথা ॥৬৭॥
তদুগ্রমতিরৌদ্রঞ্চ দৃষ্ট্বা যুদ্ধং নরাধিপাঃ। তনয়াস্তব কর্ণশ্চ ব্যথিতাঃ প্রাদ্রবন্ দিশঃ ॥৬৮॥
তত্রৈকোঽস্ত্রবলশ্লাঘী দ্রৌণির্মানী ন বিব্যথে। ব্যধমচ্চ শরৈর্মায়াং ঘটোৎকচবিনির্ম্মিতাম্ ॥৬৯॥
নিহতায়াস্তু মায়ায়ামমর্ষী স ঘটোৎকচঃ। বিসসর্জ্জ শরান্ ঘোরাংস্তেঽশ্বত্থামানমাবিশন্ ॥৭০॥
ভুজগা ইব বেগেন বল্মীকং ক্রোধমূর্চ্ছিতাঃ। তে শরা রুধিরাক্তাঙ্গা ভিত্ত্বা শারদ্বতীসুতম্।
বিবিশুর্ধরণীং শীঘ্রা রুক্মপুঙ্খাঃ শিলাশিতাঃ ॥৭১॥
অশ্বত্থামা তু সংক্রুদ্ধো লঘুহস্তঃ প্রতাপবান্। ঘটোৎকচমতিক্রুদ্ধং বিভেদ দশভিঃ শরৈঃ ॥৭২॥
ঘটোৎকচোঽতিবিদ্ধস্তু দ্রোণপুত্রেণ মর্ম্মসু। চক্রং শতসহস্রারমগৃহ্লাদ্ব্যথিতো ভৃশম্ ॥৭৩॥

---

চঙশিল্লকই ॥৬১,-৬৪॥ ঘটোৎকচনা সিংহনাদ লাউহনা চঙকপসিদা শগোল শামু কনাগী তাইবংমী পূন্নমক কিবনা থক থক নীক্তুনা মাংখোক্লখি মীয়াম্ মমাঙদা মপাল খোক্লোক্লখি ॥৬৫॥ সন্ধ্যাগী মতম্ অসুম্ য়ৌশিল্লক্লগা হিংচাবগী পাঙ্গল অসি অসুম-সুম খর খর হেনগৎলকই। অসুম্না মপাঙ্গল মিকুপ খুদিংগী হেনগৎলক্লব হিংচাবা লান্মীশিং অসিনা য়েক্লবা কৌরব লান্মী শিংগী মথক্তা পুং উ নচিংবা পায়খৎ থাংগত্তুনা কন্না কন্না লংশিল্লকপা হোই ॥৬৬॥ অহুনগীদি য়োংকী গদা, য়োৎচুক, মুংগুক, থাঙ, তা নচিংবা খুৎলায় মখল মখল লালকম্ লৈমায়খক্ত প্রোপ প্রোপ তাব হোয়ক্লে ॥৬৭॥

অকিবগী মশক্ ফংলবা লাঞ্জাও অসিনা অসুম চৎথরক্লবদা কৌরব পক্ষগী নিংথৌ লান্মীশিংনা অহুগা অতোপ্ অতোপ্পা লান্মীশিংনা ঈথক্ থক্লা লালকম্ অহুদগী লৈথোক্লয়কলে ॥৬৮॥ মসিদা কিদনা লৈহৌরিবা হায়ববু খুৎলায় হৈবদা ঐনি হায়না থোয়ব্রিবা মশাদা নাপল্ অমসু য়াওব্রিবা দ্রোণগী মচা অশ্বত্থামাতনি। মহাক্লা ঘটোৎকচনা তৌরিবা মায়া অদুবু মথং মথং ককথৎপা হৌখি ॥৬৯॥ মায়া কক্থৎখিবদু উবদা থোইনা শাউরবা ঘটোৎকচ অসি থোর থোরবা তেল শত্তুনা অশ্বত্থামাদা থারক্লে। তেলশিং অদুনা অশ্বত্থামাগী মশাদা থুম থুম চঙ্শিন্‌খি ॥৭০॥ শাক্লু কল্লবা সনানা তেন্না তৈম্ম পান্‌বা, য়োখৌনা মচীন্ পান্‌বা তেলশিং অদুনা অশ্বত্থামাগী হকচাং মমুংঈগী, ঈনা পূমতৈ তৈনা আসোম্ রাংমদা ফাওদোক্‌খিদুনা, শাউরবা লিম্ন লৈশৌবুংগী মথুন্দা চঙখিবগুম মশক্ উদউদমথৈ লৈমুংদা চঙশিনখি ॥৭১॥ মতম্ অদুদা থুকল্ পাঙ্গল্লবা মতীকমগুণ চাউরবা, হৈরবা অশ্বত্থামানা থোইনা শাউখিদুনা থোয়বা তেল তরানা ঘটোৎকচদা থাখি ॥৭২॥ অশ্বত্থামানা থজীন্দা কন্না থাখিবদুদা চৈনা কন্না ফংলবা শাউরবা ঘটোৎকচ অসি মন্না

ক্ষুরান্তং বালসূর্য্যাভং মণিবজ্রবিভূষিতম্। অশ্বত্থাম্নি স চিক্ষেপ ভৈমসেনির্জিঘাংসয়া ॥৭৪॥
বেগেন মহতাগচ্ছদ্বিক্ষিপ্তং দ্রৌণিনা শরৈঃ। অভাগ্যস্যেব সঙ্কল্পস্তম্মোঘমপতদ্ভুবি ॥৭৫॥
ঘটোৎকচস্ততস্তস্তূর্ণং দৃষ্ট্বা চক্রং নিপাতিতম্। দ্রৌণিং প্রাচ্ছাদয়দ্বাণৈঃ স্বর্ভানুরিব ভাস্করম্ ॥৭৬॥
ঘটোৎকচসুতঃ শ্রীমান্ ভিন্নাঞ্জনচযোপমঃ। রুরোধ দ্রৌণিমায়ান্তং প্রভঞ্জনমিবাদ্রিরাট্ ॥৭৭॥
পৌত্রেণ ভীমসেনস্য শরৈঃ সোঽঞ্জনপর্বণা। বভৌ মেঘেন ধারাভির্গিরির্মেরুরিবাচিতঃ ॥৭৮॥
অশ্বত্থামা ত্বসংভ্রান্তো রুদ্রোপেন্দ্রেন্দ্রাবক্রমঃ। ধ্বজমেকেন বাণেন চিচ্ছেদাঞ্জনপর্ব্বণঃ ॥৭৯॥
দ্বাভ্যান্তু রথযন্তারং ত্রিভিশ্চাস্য ত্রিবেণুকম্। ধনুরেকেন চিচ্ছেদ চতুর্ভিশ্চতুরো হয়ান্ ॥৮০॥
বিরথস্যোদ্যতং হস্তাদ্ধেমবিন্দুভিরাচিতম্। বিশিখেন সুতীক্ষ্ণেন খড়্গমস্য দ্বিধাকরোৎ ॥৮১॥
গদা হেমাঙ্গদা রাজংস্তূর্ণং হৈড়িম্বসূনুনা। ভ্রাম্যোৎক্ষিপ্তা শরৈশ্চাপি দ্রৌণিনাভ্যাহতাপতৎ ॥৮২॥

---

কৈনা কৈনা পাল্লবা য়োৎকী চক্র অম পায়থৎলি ॥৭৩॥ অদুদগী ঘটোৎকচনা অশ্বত্থামা হাৎলগে হায়না খন্দুনা ময়া থোৱবা অনৌবা নুমিৎকী মতৌগুম্বা ঙাঙ্‌লব লংলবা, মণি মুক্তানা পূমলং লংনা থাম্লবা, চক্র অদু অশ্বত্থামাগী মথক্তা লংশিল্লকই ॥৭৪॥ ঘটোৎকচনা লংঙকপা চক্র অদুনা কন্না পাইশিল্লক্লবদা অশ্বত্থামানা তেন্না মাহুবু ঙাক্‌থোকখি। মতম্ অদুদা মরাইবক্ লৈতবা মীগী তৌজবা আশানা অরেম্বদা তাবদুগুম্না ঘটোৎকচগী চক্র অদু অরেম্বদা লৈমায়থক্ত তাখি ॥৭৫॥ চক্র অদু লৈমায়থক্ত তাখিবদু উবদা শাউরবা ঘটোৎকচনা রাহুনা থাবু উম্‌শিন্‌খিবদুগুম্না তেন্থনা অশ্বত্থামাবু পূময়োম্ য়োমহন্‌খ্রে ॥৭৬॥

অশ্বত্থামানা চঙশিল্লকপসি উবদা চীংজাওনা নুংশিৎপু থিংবদুগুম্না কল্লবা মুরবা কাজলগী মপৈনা তাখৎপা-পৈখৎপা লৈপুংগুম্বা মুরবা রাং চাউরবা ঘটোৎকচগী মচা অঞ্জনপর্ব্বানা অশ্বত্থামাদু থিংহুনা থম্‌খি ॥৭৭॥ ভীমসেনগী মশূ অঞ্জনপর্ব্বানা তেন্থনা অশ্বত্থামাবু পূয়োম্ য়োম্‌হনখ্রে মতম্ অদুদা অশ্বত্থামা অসি নোংনা পুংচোৎ চোৎলবা চীংজাও অমগী মতৌগুম্ নীঙখিজে ॥৭৮॥ রুদ্র, বিষ্ণু অমদি ইন্দ্রগী মতৌগুম্ কল্লবা অশ্বত্থামানা থোংকম্ লেঙদনা লৈহুনা থোৱবা তেল্ অমনা অঞ্জনপর্ব্বাগী ফিরাল অদু কক্‌থৎখি ॥৭৯॥ অদুদগী অশ্বত্থামানা থোৱবা তেল্ অনীনা অঞ্জনপর্ব্বাগী সারথিবু অদুগা তেল মরি অমনা শগোল মরিবু হাৎলগা তেল অহুমা রথগী মরূ ওইবা মচাক ত্রিবেনুবু কক্‌থৎখি অদুগা থোৱবা তেল অমনা ঘটোৎকচগী লীরুংবু কক্‌থৎখি ॥৮০॥ মতম্ অদুদা, অঞ্জনপর্ব্বা হায়বা ঘটোৎকচগী মচা অসি রথ য়াওদ্রবদুদা সনানা মরক মরক্ত বুৎ থিল্লবা থাঙশাং অদু পায়থত্তুনা চেলশিল্লকে তৌবদা অশ্বত্থামানা মাগী থাঙ অদুবু থোৱবা তেল অমনা মতেক্ অনীথোক্না কক্তুনা থাদখি ॥৮১॥ মহারাজ! অদুগী তুংদ সনানা হৎলবা গদা অম লোন্থুনা অঞ্জনপর্ব্বানা অশ্বত্থামাদা লঙাশল্লকই। মাদুবুসু অশ্বত্থামানা থোৱবা তেল অমনা কক্‌থৎখি ॥৮২॥

ততোঽন্তরীক্ষমুৎপত্য কালমেঘ ইবোন্নদন্। ববর্ষাঞ্জনপর্ব্বা স দ্রুমবর্ষং নভস্তলাৎ ॥৮৩॥
ততো মায়াধরং দ্রৌণির্ঘটোৎকচসুতং দিবি। মার্গণৈরভিবিব্যাধ ঘনং সূর্য্য ইবাংশুভিঃ ॥৮৪॥
সোঽবতীর্য্য পুনস্তস্থৌ রথে হেমপরিষ্কৃতে। মহীগত ইবাত্যুগ্রঃ শ্রীমানঞ্জনপর্ব্বতঃ ॥৮৫॥
তময়স্ময়বর্ম্মাণাং দ্রৌণির্ভীমাত্মজাত্মজম্। জঘানাঞ্জনপর্ব্বাণং মহেশ্বর ইবান্ধকম্ ॥৮৬॥
অথ দৃষ্ট্বা হতং পুত্রমশ্বত্থাম্না মহাবলম্। দ্রোণেঃ সকাশমভ্যেত্য রোষাৎ প্রচলিতাঙ্গদঃ ॥৮৭॥
প্রাহ বাক্যমসংভ্রান্তো বীরং শারদ্বতীসুতম্। দহন্তং পাণ্ডবানীকং বনমগ্নিমিবোদ্ধতম্ ॥৮৮॥

( যুগ্মকম্ )

## ঘটোৎকচ উবাচ।

তিষ্ঠ তিষ্ঠ ন মে জীবন্ দ্রোণপুত্র! গমিষ্যসি। ত্বামদ্য নিহনিষ্যামি ক্রৌঞ্চমগ্নিসুতো যথা ॥৮৯॥

## অশ্বত্থামোবাচ।

গচ্ছ বৎস। সহান্যৈস্ত্বং যুধ্যস্বামরবিক্রম!। ন হি পুত্রেণ হৈড়িম্ব! পিতা ন্যায্যঃ প্রবাধিতুম্ ॥৯০॥
কামং খলু ন রোষো মে হৈড়িম্ব। বিদ্যতে ত্বয়ি। কিন্তু রোষান্বিতো জন্তুর্হন্যাদাত্মানমপ্যুত ॥৯১॥

---

অদুগী তুংদা অঞ্জনপর্ব্বা হায়রিবা ঘটোৎকচগী মচা অসি নোংমদোম্বক্কে পাইখৎথিত্তুনা মশক উহন্দনা ওংস্তুনা নোংমদোম্বক্কগী চাউর-চাউরবা উপাম্বীশিংবু নোং চুবগুম থাদরকই ॥৮৩॥ অদুগী তুংদা দ্রুমিৎকী মঙাল্লা নোং মতুম্বু পিনগাইবগুম্না অশ্বত্থামানা মায়া হৈরবী ঘটোৎকচগী মচাত্তবু খৌর-খৌরবা তেন্না থিনগাইখি ॥৮৪॥ মতম্ অদুদা অঞ্জনপর্ব্বা হায়রিবসি নোংমদোম্বক্কগী লৈখাদা পাইখরকই। মুরবা কাজলগী মপৈগী লৈপুং অমনা লৈমায়থক্কে খিনবগুম অঞ্জনপর্ব্বা অসি মুশিন মুনা মতুম অম ওইনা মাগী সনাতনা হল্লুনা শারবা রথ অদুগী মথক্কে অমুককমখি ॥৮৫॥ অদুগী তুংদা মমাঙৈদা মহাদেবনা অন্ধকাসুরবু হাৎখিবগুম্না অশ্বত্থামানা ভীমসেনগী মশূ, য়োৎকী কবচ (লাল ফূরিৎ লীৎপা) লীৎপা অঞ্জনপর্ব্বাবু খৌরবা তেল অমনা মথাই লৌখি ॥৮৬॥ মপাঙ্গল কল্লবা মচানিপা অঞ্জনপর্ব্ববু হাৎখিবসি উবদা থোইদোক্না শাউরবা ঘটোৎকচ অসি শাউবনা থক-থক নীকই। মহাক্কী মশাদা শেংলি চারিবা লীক্কোল হৈতং পুম্ব পূমনিক নীকই। মতম অসিদ অশ্বত্থামাগী মাঙদা চঙশিনখিত্তুনা, খোংথম্ লেংদনা লৈত্তুনা, বনবু তুম্ন চাক্লগে হায়দুনা চাকশিল্লকপা লম্মৈগী মতৌগুম্ পূমক্কং লাংনা লৈরিবা অশ্বত্থামাদ অস্তুম্না হায়বরই ॥৮৭-৮৮॥ হৈ দ্রোণগী মচা! লৈয়ু-লৈয়ু! নং ওসি ঐগী ঈখুত্তগী হিংন হিংনদি নয়ুমদা চৎখ্রররোইদবনি। মমাংঙৈদা স্বামী কার্ত্তিক সেনাপতিনা ক্রৌঞ্চ কৌবা চীংজাওবু থগাই কাপথায়খিবদুগুম্ন ঐনা ওসি নংবু হাৎপিরগদবনি ॥৮৯॥ অশ্বত্থামানা মাড় তাংদা করি হায়রকপগে হায়ববু "লাইগী মতৌগুম্ কল্লবা ঈবুঙো! চৎখ্রো নং, অতৈপা থেংনরু। মরমদি হিড়িম্বাগী মচা! মপাগী থম্মোয়দা মচানা অরাবা মৈচাক পীবা হৌনদে ॥৯০॥

"হিড়িম্ব নন্দন! ঐ নংবু থোইনা শাউদে, নং ঐগী য়েক্লবস্তু নত্তে। অদুগা মনীঙ

## সঞ্জয় উবাচ।

শ্রুত্বৈতৎ ক্রোধতাম্রাক্ষঃ পুত্রশোকসমন্বিতঃ। অশ্বত্থামানমায়স্তো ভৈমসেনিরভাষত ॥৯২॥
কিমহং কাতরো দ্রৌণে। পৃথগ্‌জন ইবাহবে। যস্মাৎ ভীষয়সে বাগ্‌ভিরসদেতদ্বচস্তব ॥৯৩॥
ভীমাৎ খলু সমুৎপন্নঃ কুরূণাং বিপুলে কুলে। পাণ্ডবানামহং পুত্রঃ সমরেষ্বনিবর্ত্তিনাম্।
রক্ষসামধিরাজোঽহং দশগ্রীবসমো বলে ॥৯৪॥
তিষ্ঠ তিষ্ঠ ন মে জীবন্ দ্রোণপুত্র। গমিষ্যসি। যুদ্ধশ্রদ্ধামহং তেঽদ্য বিনেষ্যামি রণাজিরে ॥৯৫॥
ইত্যুক্ত্বা রোষতাম্রাক্ষো রাক্ষসঃ সুমহাবলঃ। দ্রৌণিমভ্যদ্রবৎ ক্রুদ্ধো গজেন্দ্রমিব কেশরী ॥৯৬॥
রথাক্ষমাত্রৈরিষুভিরভ্যবর্ষদ্‌ঘটোৎকচঃ। রথিনামৃষভং দ্রৌণিং ধারাভিরিব তোয়দঃ ॥৯৭॥
শরবৃষ্টিং শরৈর্দ্রৌণিরপ্রাপ্তাং তাং ব্যশাতয়ৎ। ততোঽন্তরীক্ষে বাণানাং সংগ্রামোঽন্য ইবাভবৎ ॥৯৮॥
অথাস্ত্রসংঘর্ষকৃতৈর্বিস্ফুলিঙ্গৈস্তদা বভৌ। বিভাবরীমুখে ব্যোম খদ্যোতৈরিব চিত্রিতম্ ॥৯৯॥
নিশম্য নিহতাং মায়াং দ্রৌণিনা রণমানিনা। ঘটোৎকচস্ততো মায়াং সসর্জান্তর্হিতঃ পুনঃ ॥১০০॥
সোঽভবদ্‌গিরিরত্যুচ্চঃ শিখরৈস্তরুসঙ্কটৈঃ। শূলপ্রাসাসিমুষলজলপ্রস্রবণো মহান্ ॥১০১॥

---

থুংদত্তনা শাউগ্রব মীদি মশা মথন্ত কাওবা হাংচৈ” ॥৯১॥ সঞ্জয়না হায়ঃ —মহারাজ! মচা কায়নবগী রারবা অত্তুগা লান্দা থোইনা চোক্‌থরবা ঘটোৎকচনা অশ্বথামাগী রা অসি তাবদা থোইনা শাউখিদুনা অসুম্না হায়রকই ॥৯২॥ দ্রোণগী মচা! লান্দা ময়ক্লাগী রাহৈদা মমুক্লাং হন্দুনা কিরবা তোল্লবা জাৎ অত্তুদা হায়গদবা রাবু নংনা ঐদোন্দ হায়হৌনা ঐগী থম্মোয়দা অকিবা পোকহন্‌গে হোৎনার। নংনা হায়রিবদো অরানবনি, অচুম্বা অমত য়াওদে ॥৯৩॥ ঐসে, অশ্বত্থামা! অচৌবা কুরু সাগৈদা পোকপা ঈপা ভীমসেনগী মচানি। লান্দা হন্দ্রবা পাবুং পাণ্ডবশীংগী মচানি খঙঙ্‌। ঈশামক নিংথৌনি, ঈপাঙন্দ রাবনদগী তাদবনি ॥৯৪॥ “অহৌনা দ্রোণগী মচা! চেন্‌গনু নংমু, ঐবু ভঙ্খদনদি নং ঙসি ঐগী খুত্তগীদি হিংনা-হিংনা নাম্মোক্‌খিবা য়াররোই। লালকমদা লাল পামত্তুনা পাপী মীচংদা লাকলিবা নংগী আশাদো চপ চানা থুংহনগনি ॥৯৫॥ রাহৈ খরসি হায়রগা থোইনা কল্লবা ঘটোৎকচ অসি শাউবন মীত্তু ঈ কাত্তুনা নোংশানা শামু তম্না ফুজিনবত্তুগুম্ন অশ্বত্থামা রোমদা চেনশীনখি ॥৯৬॥ অহৌগী তুংদা মুরবা ঈশিংনা মবুক চোল্লবা নোং মতুম্‌না হৈথরকপগুম্ ঘটোৎকচনা রথী অথোইবা অশ্বত্থামাগী মথক্তা অমম্ম্না যমরাজগী চৈতুপ চৈতুপমুক চাউরবা তেলগী মপৈ মপৈ কাপশিল্লকই ॥৯৭॥ পাইশিল্লকলিবা তেলশিং অত্তুবু অশ্বত্থামানা থোর থোরবা তেম্না লম্খাওদা কক্ কক্তূনা থাদৈ। কাপশিল্লহৌপগা ককথৎপগা মাম্নখিবত্তুনা নোংমদোন্দা তেল মখোয় মশেন্তগী লাম্পাও অম ওইনা উনখি ॥৯৮॥ আহিং অমম্বা থৌশিল্লকবা মতমত্তুদা থুংলায়শিংগী অমগ অমগা থেংনব তরুবদগী কাপথোরকপা মৈরীকশিং অহৌনা অমম্বা অহিং অত্তুদ তন্দগ মপৈনা কুপফেং কাফেং পাইবত্তু মওায়রে ॥৯৯॥ লান্দা হৈরবা অশ্বত্থামানা মাগী মায়া অত্তুবু ককথংখিবত্তুবু উবদা ঘটোৎকচ অসি মশক উহনাখিদত্তুনা অতোপ্পা মায়াগী লাল তৌবা হৌরকলে ॥১০০॥ নোংমদোন থক অত্তুদা চাউর চাউরবা

তমঞ্জনগিরিপ্রখ্যং দ্রৌণির্দৃষ্ট্বা মহীধরম্। প্রপতদ্ভিশ্চ বহুভিঃ শস্ত্রসংঘৈর্ন চুক্ষুভে ॥১০২॥
ততো হসন্নিব দ্রৌণির্দিব্যমস্ত্রমুদৈরয়ৎ। স তেনাস্ত্রেণ শৈলেন্দ্রঃ ক্ষিপ্তঃ ক্ষিপ্রমনশ্যত ॥১০৩॥
ততঃ স তোয়দো ভূত্বা নীলঃ সেন্দ্রায়ুধো দিবি। শস্ত্রবৃষ্টিভিরত্যুগ্রো দ্রৌণিমাচ্ছাদয়দ্রণে ॥১০৪॥
অথ সন্ধায় বায়ব্যমস্ত্রমস্ত্রবিদাং বরঃ। ব্যধমদ্দ্রোণতনয়ো নীলমেঘং সমুত্থিতম্ ॥১০৫॥
স মার্গণগণৈর্দ্রৌণির্দিশঃ প্রচ্ছাদ্য সর্ব্বশঃ। শতং রথসহস্রাণাং জঘান দ্বিপদাং বরঃ ॥১০৬॥
স দৃষ্ট্বা পুনরায়ান্তং রথেনায়তকার্ম্মুকম্। ঘটোৎকচমসংভ্রান্তং রাক্ষসৈর্বহুভির্বৃতম্ ॥১০৭॥
সিংহশার্দ্দূলসদৃশৈর্মত্তদ্বিরদবিক্রমৈঃ। গজস্থৈশ্চ রথস্থৈশ্চ বাজিপৃষ্ঠগতৈরপি ॥১০৮॥
বিকৃতাস্যশিরোগ্রীবৈর্হৈডিম্বানুচরৈঃ সহ। পৌলস্ত্যৈর্যাতুধানৈশ্চ তামসৈশ্চেন্দ্রবিক্রমৈঃ ॥১০৯॥
নানাশস্ত্রধরৈর্বীরৈর্নানাকবচভূষণৈঃ। মহাবলৈর্ভীমরবৈঃ সংরম্ভোদ্বৃত্তলোচনৈঃ ॥১১০॥

---

উপাম্বীনা থন্না হৌরবা চাউরবা চাউরবা মুরবা অক্বিগী মশক ওইরবা চীঙজাও অমা ওইনা পাইরকই, মাহুদগী নোং মরী অমময়া তারকপগুম্না য়োচ্ছুক, গদা, থাঙ-তা নচিংবা খুৎলায় মক্ত অতৎ অথম্ লৈতনা মপৈ মপৈ তারকলে ॥১০১॥

কাজলগী মপৈগী চীঙগুম্ব অহু উব অহুদা মাহুদগী থাদরক্‌পা খুৎলায়শিং অহুনা মনম্ মনম্ তারক্লবস্থ অশ্বত্থামানা খোইনা কিরুবা মিপাইবা তৌদে ॥১০২॥ অশ্বত্থামানা নোক্ল নোক্লা লাইগী ওইবা খোরবা খুৎলায় অম কাপ্‌খৎলকতুনা চীঙজাও অহুবু মকুপ তানা থুগাইহুনা লৈমায়থক্ত তাহন্থি ॥১০৩॥ অহুগী তুংদা ঘটোৎকচনা চীঙ ওইবা তোকতুনা, শাংলবা চূম্থাঙগা লোয়নবা পাক্-চাউরবা নোং মতুম অম ওইখিহুনা খুৎলায়তনা নোংমরী অমমম্ ওইনা অশ্বত্থামাগী মথক্ত চুথরক্‌লে খুৎলায়শিং অহুনা অশ্বত্থামাগী মশাপুম্ব পুমকুপ্‌ কুপথ্রে ॥১০৪॥ অহুদগী খুৎলায় হৈরবা অশ্বত্থামানা বায়ুব্যাস্ত্র (নুংশিৎকী তেল) অম কাপখৎলকতুনা মুরবা নোংগী মতুম অহু থুগাইখি ॥১০৫॥ অহুদগী নিপা অথোইবা অশ্বত্থামানা খোর খোরবা তেল লিশিং লিশিং কাপ্-শিল্লকতুনা রথী চাম চামবু হাৎপা হৌরক্‌লে ॥১০৬॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা ঘটোৎকচনা লীরুংবু নাকোং মরু ফংনা চিংহুনা খোংফম্ লেঙদনা লৈহুনা রথ মথক্ত তোংখত্তুনা অমুক হন্না অচুম্বা লালগী মওংগী নিয়মদা অশ্বত্থামাগী মাঙদা চঙ্‌শিল্লক্‌ই মতম্ অহুদা অমময়া কৈ-নোংশাগী মতৌগুম্না খোরবা শামুগুম্ কম্ন চাউরবা, ময়ায় কারবা কল্লবা হিংচাবা লাম্মীশিংনা শগোলদা শামুদা অমদি রথ মথক্তা তোংখত্তুনা মাগী মাগী খুৎলায় শেম্-শাহুনা ঘটোৎকচবু ঙাক্‌শেন্দুনা ঈকোয় কোয়শিন্না চঙ্গকই। ঘটোৎকচগী খোঙমী লাম্মী খোঙলোয়শিং অসি মচীন্ মকোক্ মঙকশম চাউই। মখোয়গী মমুংদা অয়াম্বা পুলস্ত্যবংশদা পোক্‌পনি। অহুগা থরনা পরম্পরাদগী রাক্ষসগী বংশদা পোক্‌পনি অহুগা মখোয় অসি অয়াম্বা তমগুণ চেনবা, মপানগী হকচাংগী শক্তিত কন্না লৈবা ঙাক্তনি। অমময়া পাঙন্দা ইন্দ্রগা অমৃহানি মখোয় খুদিংমক্ কম্থোরবা, য়োৎকী লাল্‌হুরিৎ লীৎপা মত্তনি। অকিবা তুজুংবা পোক্লা লাউ খোংঙ, শাউবনা মমীত্তা ঈ কানরবা,

উপপ্লবৈস্ততো যুদ্ধে রাক্ষসৈর্দুরাসদৈঃ। বিবর্ণমভিসংপ্রেক্ষ্য পুত্রং তে দ্রৌণিরব্রবীৎ ॥১১২॥
( যুগ্মকম্ )

তিষ্ঠ দুর্য্যোধনাদ্য ত্বং ন কার্য্যঃ সম্ভ্রমস্ত্বয়া। সহৈভির্ভ্রাতৃভির্বীরৈঃ পার্থিবৈশ্চেন্দ্রবিক্রমৈঃ ॥১১৩॥
নিহনিষ্যাম্যমিত্রাংস্তে ন তবাস্তি পরাজয়ঃ। সত্যং তে প্রতিজানামি পর্য্যাশ্বাসয় বাহিনীম্ ॥১১৩॥
( যুগ্মকম্ )

## দুর্য্যোধন উবাচ।

ন ত্বেতদদ্ভুতং মন্যে যত্তে মহদিদং মনঃ। অস্মাসু চ পরা ভক্তিস্তব গৌতমিনন্দন ॥১১৪॥

## সঞ্জয় উবাচ।

অশ্বত্থামানমুক্ত্বৈবং ততঃ সৌবলমব্রবীৎ। বৃতং শতসহস্রেণ হয়ানাং রণশোভিনাম্ ॥১১৫॥
ষষ্ট্যা রথসহস্রৈশ্চ প্রয়াহি ত্বং ধনঞ্জয়ম্। কর্ণশ্চ বৃষসেনশ্চ কৃপো নীলস্তথৈব চ ॥১১৬॥
উদীচ্যাঃ কৃতবর্ম্মা চ পুরুমিত্রঃ শ্রুতার্পণঃ। দুঃশাসনো নিকুম্ভশ্চ কুম্ভভেদী পুরুক্রমঃ ॥১১৭॥
পুরঞ্জয়ো দৃঢ়রথঃ পতাকী হেমকম্পনঃ। শল্যারুণীন্দ্রসেনাশ্চ সঞ্জয়ো বিজয়ো জয়ঃ ॥১১৮॥
কমলাক্ষঃ পুরুক্রাথী জয়বর্ম্মা সুদর্শনঃ। এতে ত্বামনুযাস্যন্তি পত্তীনামযুতানি ষট্ ॥১১৯॥
( বিশেষকম্ )

---

মমীৎ ওনৃখস্তনা য়েংব মক্তনি। তমথিরবা হিংচাবশিং অসিনা চঙ্শিল্লকপসি উবদা দুর্য্যোধন অসি মায়থোং লাংশিন্‌গ্রে। মতম অতুদা অশ্বত্থামানা য়ারবা দুর্য্যোধনদা অসুম্না হায়রকই ॥১০৭-১১১॥ "দুর্য্যোধন! ওাইখো, নহাক্ চায়খোকউ, করিমত য়াগনু। অমময়া ইন্দ্রগা মায়না, কল্লবা হিংচাবশিং অতুগা মচীন মনাও পুম্নমক্তা লোয়ননা চঙলকলিবা কল্লবা হিংচাবা নিংথৌ ঘটোৎকচ হায়বসে নমাঙমক্তদা ঐ হাৎকে। মখোয়গী মথুত্ত নহাক্ খক্ মায়থীবা ফংলোই। ঐ য়াশকক্তনা হায়রি, মাসি শোয়দ্রবনি। নহাক লাম্নীশিংবু থাম্‌জিল্লু, থেমজিল্লু, চেনগনু হায়" ॥১১২-১১৩॥ দুর্য্যোধননা হায় :---গৌতমীনন্দন! অকনবা! পুকচেল চাউরবা-নরিল লৈরবা নংগুম্বগী মথক্ত ঐনা আশা পুম্বা থমহুনা লাল অসি তৌবা হৌথিবনি। ব্রাহ্মণ নহাকী মীবু তুংশিবিবা হায়বা ধর্ম্ম অহ্ন ঐখোয়দস্নু লেঙদনা—কায়দনা থম্বিরি হায়বসি খঙজে। তৌববুদি নহাক্‌ম্বা অকনবা অমগী মকমদগী অসিগুম্বা থবক্ অসিদি ওইথোক্তবা নত্তে, করিস্নু লৈত্তবা পোৎনীন কায়না থজে ॥১১৪॥ সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ! দুর্য্যোধননা অশ্বত্থামাদা হায়রগা শকুনি য়েংহুনা অমুক্ হায়রকই। মতমসিদা শকুনিসি শগোল তোংব লাম্নীলিশিং তরানা কোয়শিন্নুনা লৈ ॥১১৫॥ দুর্য্যোধননা করি হায়রকপগে হায়বহ্ন—মাম! মামনা রথীলিশিং হুমফুগা লোয়ননা অর্জ্জুন লোমূদা চঙশিনবিয়ু। কর্ণ, বৃষসেন, কৃপ অতগা নীল—অকনবা মম্নি অসিস্নু মাগী মাগী থোঙমী লাম্নীগা লোয়ননা মামগী নত্তুং. ইনগনি ॥১১৬॥ ভারতকী অরাংগী অকনবশিং, কৃতবর্ম্মা, পুরুমিত্র, শ্রুতাপর্ণ, দুঃশাসন, নিকুম্ভ, কুম্ভভেদী, পুরুক্রম, পুরঞ্জয়, দৃঢ়রথ, পতাকী,

জহি ভীমং বধৌ চোক্তো ধর্ম্মরাজস্ক মাতুল। অসুরানিব দেবেন্দ্রো জয়াশা যে ত্বয়ি স্থিতা ॥১২০॥
দারিতান্ দ্রৌণিনা বাণৈর্জ্জ্বলং বিক্ষতবিগ্রহান্। জহি মাতুল! কৌন্তেয়ানসুরানিব পাবকিঃ ॥১২১॥
এবমুক্তো যযৌ শীঘ্রং পুত্রেণ তব সৌবলঃ। পিপ্রীযুস্তে সুতান্ রাজন্! দিধক্ষুশ্চৈব পাণ্ডবান্ ॥১২২॥
অথ প্রবৃত্তে যুদ্ধং দ্রৌণিরাক্ষসয়োর্ম্মৃধে। বিভাবর্য্যাং সুতুমুলং শক্রপ্রহ্লাদয়োরিব ॥১২৩॥
ততো ঘটোৎকচো বাণৈর্দশভির্গৌতমীসুতম্। জঘানোরসি সংক্রুদ্ধো বিষাগ্নিপ্রতিমৈর্দৃঢ়ৈঃ ॥১২৪॥
স তৈরভ্যাহতো গাঢ়ং শরৈর্ভীমসুতেরিতৈঃ। চচাল রথমধ্যস্থো বাতোদ্ধূত ইব দ্রুমঃ ॥১২৫॥
ভূয়শ্চাঞ্জলিকেনাশু মার্গেণেন মহাপ্রভম্। দ্রৌণের্হস্তস্থিতং চাপং চিচ্ছেদাশু ঘটোৎকচঃ ॥১২৬॥
ততোঽন্যদ্দ্রৌণিরাদায় ধনুর্ভারসহং মহৎ। ববর্ষ বিশিখাংস্তীক্ষ্ণান্ বারিধারা ইবাম্বুদঃ ॥১২৭॥
ততঃ শারদ্বতীপুত্রঃ প্রেষয়ামাস ভারত।। সুবর্ণপুঙ্খান্ শত্রুঘ্নান্ খচরান্ খচরং প্রতি ॥১২৮॥
তদ্বাণৈরর্দ্দিতং যূথং রক্ষসাং পীনবক্ষসাম্। সিংহৈরিব বভৌ মত্তং গজানামাকুলং কুলম্ ॥১২৯॥
বিধম্য রাক্ষসান্ বাণৈঃ সাশ্বসূতরথদ্বিপান্। দদাহ ভগবান্ বহ্নির্ভূতানীব যুগক্ষয়ে ॥১৩০॥

---

হেমকম্পন, শল্য, আরুনি, ইন্দ্রসেন, সঞ্জয়, বিজয়. জয়, কমলাক্ষ, পুরক্রাথী, জয়বর্ম্মা, অমগা সুদর্শন—মখোয় অসি মামগী তুং ইল্লকদবা ওাক্তনি। খোঙমীশিংশিং হুমকুম্ব মামগী তুং ইনগনি ॥১১৭-১১৯॥ মাম। মমাঙৈদা ইন্দ্রনা অসুর খিবিকপু হাৎখিবত্তুগুম্না মামনা যুধিষ্ঠির, ভীম, নকুল, সহদেববু হাৎপিয়ু। মামগী মথক্ত ঐনা জয়গী আশা পুম্বা থমজরি ॥১২০॥ "মাম! অশ্বথামা মথক্তনা পাণ্ডবশিংবু মাগী তেস্তনা মশাপুম্বা ঈহং নাইহংশানা চৈনা পীপ্রবনি। ময়ম্ অহুনা মামনস্থ অশ্বথামাগী মতেং পাংবা ওইনা, লাইগী সেনাপতি কার্ত্তিকনা অসুর পুম্বা তুম্ব হাৎপত্তুগুম্না পাণ্ডবশিংবু হাৎনব তৌবিয়ু। অশ্বথামাদি হিংচাবগী লান্দা পূক্কীং চণ্ডহুনা লৈরি" ১২১॥

মহারাজ। নচাঈবুঙো দুর্য্যোধননা অসুয়া হায়রকপলবদা শকুনিনা নচাঈবুঙোশিংগী পেল্লবা তৌগে অহুগা পাণ্ডবশিংবু হাৎলগে হায়না খন্দুনা থুনা য়াঙনা লালকমদা চত্তশিল্লকই ॥১২২॥ অমরোমদা অহিং অহুদা ইন্দ্রগা দৈত্য প্রহ্লাদগা থেংনখিবত্তুগুম্না অশ্বথামাগা ঘটোৎকচগা অকিবা ফংনা থেংনবা হৌথি ॥১২৩॥ মতম অহুদা ঘটোৎকচনা হু তৈরবা মৈগী মতৌগুম্না তেজ লৈরবা থৌরবা তেল তরা শৎতুনা অশ্বথামাগী মথবাক্তা থূম্না থাখি ॥১২৪॥ ঘটোৎকচনা কাপললকপা তেলশিং অহুনা পানবদা অশ্বথামা অসি নুংশিৎকী ইপোমনা ফূরবা উজাওগী মতৌগুম্ থোক্‌থোক্ নোমহুনা খাত্তিও ॥১২৫॥ ঘটোৎকচনা আঞ্জলিক হায়না কৌবা খুৎলায় অমমুক্ কাপশিল্লকতুনা অশ্বথামাগী লংলবা কল্লবা, মথুক্তা পায়রিবা লীরুং অহুবু ককথৎথি ॥১২৬॥ অহুগী তুংদা শাউরবা অশ্বথামানা অতোপ্পা লীরুং অমা পায়থৎতুনা লীরী তংহাপ হাপতুনা, লীরীবু নাকোং মরু ফংনা চিংহুনা, থৌরবা তেলমক্তা ঘটোৎকচগী মথক্তা নোংচুবগুম্ হৈথরকই ॥১২৭॥ ভরতনন্দন! অশ্বথামানা সনানা তেম্না তেনমৈ পানবা, য়েক্লবা হাৎপা ওম্বা তেলমক্তা হিংচাবশিংদা কাপশিল্লকই ॥১২৮॥ মথবাক্ কল্লবা, মপাম্বোম্ চাউরবা হিংচাবশিং অহু অশ্বথামাগী তেম্না পানবদা নোংশানা নৈহৎলবা শামুশিংগী মতৌগুম্না তৌকম্ খণ্ডকত্রে ॥১২৯॥ অহুগী তুংদা

স দগ্ধ্বাক্ষৌহিণীং বাণৈর্বৈভৌ কক্ষচে ভৃশম্। পুরেব ত্রিপুরং দগ্ধ্বা দিবি দেবো মহেশ্বরঃ ॥১৩১॥
যুগান্তে সর্ব্বভূতানি দগ্ধ্বেব বসুরুত্থনঃ। ররাজ জয়তাং শ্রেষ্ঠো দ্রোণপুত্রস্তথারিহান্ ॥১৩২॥
ততো ঘটোৎকচঃ ক্রুদ্ধো রক্ষসাং ভীমকর্ম্মণাম্। দ্রৌণিং হতেতি মহতীং চোদয়ামাস তাং চমূম্ ॥১৩৩॥
ঘটোৎকচস্য তামাজ্ঞাং প্রতিগৃহ্যাথ রাক্ষসাঃ। দংষ্ট্রোজ্জ্বলমহাবক্ত্রা ঘোররূপা ভয়ানকাঃ।
ব্যাত্তাননা দীর্ঘজিহ্বাঃ ক্রোধতাম্রেক্ষণা ভৃশম্ ॥১৩৪॥
সিংহনাদেন মহতা নাদয়ন্তো বসুন্ধরাম্। হন্তমভ্যদ্রবন্ দ্রৌণিং নানাপ্রহরণায়ুধাঃ ॥১৩৫॥
(যুগ্মকম্)
শক্তীঃ শতঘ্নীঃ পরিঘানশনীঃ শূলপট্টিশান্। খড়গান্ গদা ভিন্দিপালান্ মুষলানি পরশ্বধান্ ॥১৩৬॥
প্রাসানসীংস্তোমরাংশ্চ কণপান্ কম্পনান্ শিতান্। হুলান্ ভুষুণ্ডাশ্মগুড়াঃ স্থূণাঃ কার্ষ্ণায়সীস্তথা ॥১৩৭॥
মুদ্গরাংশ্চ মহাঘোরান্ সমরে শত্রুদারণান্। দ্রৌণিমূর্দ্ধন্যজস্রং তে রাক্ষসা ঘোরবিক্রমাঃ।
চিক্ষিপুঃ ক্রোধতাম্রাক্ষাঃ শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥১৩৮॥ (বিশেষকম্)
তচ্ছস্ত্রবর্ষং সুমহদ্দ্রোণপুত্রস্য মূর্দ্ধনি। পতমানং সমীক্ষ্যাথ যোধাস্তে ব্যথিতাভবন্ ॥১৩৯॥

---

অশ্বথামানা তেন্তনা হিংচাবশিং অহুবু মাগী মাগী শগোল-সারথিগা লোয়ননা নৈহৎতুনা প্রলয়গী মতমদা মৈ কৌবা লায়না জগৎকী জীবপুম্ববু চাক্‌থেক্‌হল্লকপহুগুম্না অশ্বথামানা হিংচাবশিংবু চাকথেক্‌পা হৌরক্‌লে ॥১৩০॥ মমাঙৈদা, মহাদেবনা নোংমদোম্বক্ত লৈবা ত্রিপুরাসুর হাৎতুনা খোইদোক্লা নীঙথিজবহুগুম্না অশ্বথামাসু হিংচাবা অক্ষৌহিণী অমা হাৎলবা তুংদা খোইদোক্লা নীঙ-থিজখি ॥১৩১॥ মহারাজ! প্রলয়গী মতমদগী মৈনা জগৎপুম্ববু চাকথেক্লগা পূমভান ঙাম্না নীঙথিজবা অহুগুম্না অশ্বথামাসু হিংচাবা পূম্ববু মাগী তেলগী মৈনা চাকথেকলবা তুংদা খোইদোক্লা নীঙথিজখি ॥১৩২॥

অহুদগী খোইনা শাউরবা ঘটোৎকচ অসি "অশ্বথামা হাৎল্লু" হায়না হন্না হন্না লাউহুনা অতোম্না অকনবা হিংচাবা লাম্মী মপৈ অমবু অমুক থাজিল্লকই ॥১৩৩॥ অহুগী তুংদা ময়া চৌরবা, লংলবা মমায় পাক্রবা, অকিবগী মশক্‌ ওইরবা, তম্‌থিরবা থবক্‌ তৌঙম্বা, ময়া কাথোক্রবা, শাংলব মরৈ হা-হা তম্নবা, শাউবনা মমীত্ত, ঈমুক্‌ ঙাঙলবা, হিংচাবশিং অহুনা ঘটোৎকচগী য়াথংদগী সিংহনাদ লাউর-লাউ রহুনা, মখোয়গী খোঞ্জেল্না লালকম্‌ অহু পূমনিন্‌ নিম্না, মখুত্ত খুৎলায় পায়থৎ পায়থৎতুনা অশ্বথামা তম্না চেলশিল্লকই ॥১৩৪-১৩৫॥ অশাউবনা মমীত্ত ঈ-কারবা, অকিব ফংনা কল্লবা হিংচাবশিং অহুনা অশ্বথামাগী কোক্‌থক্ত অতৎ অথম লৈতনা থাঙ, তা, গদা, য়োৎচ্ছুক, নুংশূক্‌, বজ্র, শীংজং, থাঙপাক্‌ অত্তেনবা, য়োৎ মতুম, নুংদুম, ইস্পাতনা শাবা চৈতুপ্‌, অসিগুম্বা হেক পাল্লুবদা য়েক্রবশিংগী থরাই মাঙহননীঙায় ওইরবা খুৎলায় মপৈ-মপৈ অসি অতৎ-অথম লৈতনা চাম-চামনা, লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইহুনা লংশিল্লকই ॥১৩৬-১৩৮॥ মহারাজ! খুৎলায় ময়াম্‌ অসিনা অশ্বথামাগী

দ্রোণপুত্রবলংবাত্তত্তর্বং ঘোরমুখিতম্ । শরৈর্বিধ্বংসয়ামাস বজ্রকল্পৈঃ শিলাশিতৈঃ ।১৪০।
ততোঽশ্বত্থামা বিশিখৈস্তূর্ণং স্বর্ণপুঙ্খৈর্মহামনাঃ । নিজঘ্নে রাক্ষসান্ দ্রৌণির্দিব্যাস্ত্রপ্রতিমন্ত্রিতৈঃ ।১৪১।
তে রাক্ষসাঃ সুসংক্রুদ্ধা দ্রোণপুত্রেণ তাড়িতাঃ । ক্রুদ্ধাঃ সংপ্রাদ্রবন্ দ্রৌণিং জিঘাংসন্তো মহাবলাঃ ।১৪২।
তত্রাদ্ভুততমং দ্রৌণির্দর্শয়ামাস বিক্রমম্ । অশক্যং কর্ত্তুমন্যেন সর্ব্বভূতেষু ভারত ।।১৪৩।
যদেকো রাক্ষসীং সেনাং ক্ষণাদ্দ্রৌণির্মহাস্ত্রবিৎ । দদাহ জ্বলিতৈর্বাণৈ রাক্ষসেন্দ্রস্য পশ্যতঃ ।১৪৪।
স দহন্ রাক্ষসানীকং ররাজ দ্রৌণিরাহবে । যুগান্তে সর্ব্বভূতানি সংবর্ত্তক ইবানলঃ ।১৪৫।
তং দহন্তমনীকানি শরৈরাশীবিষোপমৈঃ । তেষু রাজসহস্রেষু পাণ্ডবেয়েষু ভারত ।।১৪৬।
নৈনং নিরীক্ষিতুং কশ্চিদশক্নোদ্দ্রৌণিমাহবে । ঋতে ঘটোৎকচাদ্বীরাদ্রাক্ষসেন্দ্রান্মহাবলাৎ ।১৪৭।

(যুগ্মকম্)

স পুনর্ভরতশ্রেষ্ঠ ! ক্রোধাদুদ্ভ্রান্তলোচনঃ । তলং তলেন সংহত্য সন্দশ্য দশনচ্ছদম্ ।
স্বসূতমব্রবীৎ ক্রুদ্ধো দ্রোণপুত্রায় মাং বহ ।১৪৮।
স যযৌ ঘোররূপেণ তেন বৈজয়ন্তপতাকিনা । দ্বৈরথং দ্রোণপুত্রেণ পুনরপ্যরিসূদনঃ ।১৪৯।

---

মথক্ত তারকপসি উবদা কৌরবলাশ্মী পূম্নমক মথ্‌াই রানখি ।।১৩৯।। অস্তুবু অশ্বত্থমানা কন্নিমক্ত কিবিদনা নীঙঙায়বা লৈতনা, খোঙকম্ নামত লেঙদনা বজ্রগা মান্নরবা, থৌরবা তেলগী মপৈ অমনা হিংচাবশিংগী খুৎলায় ময়াম্ অহু মীকূপ্ অমদা মাঙহন্‌খি ।।১৪০।। অস্তুগী তুংদা মহাত্মা ওইরবা কন্নবা অশ্বত্থামানা সনানা তেন্না তেম্মৈ পান্‌বা দিব্যাস্ত্রগী মন্ত্র শোল্লিন্নবা তেল মপৈ মক্তনা হিংচাবা মপৈ মপৈবু খুদক খুদক্ত হাচ্চিল্লকই ।।১৪১।। অশ্বত্থামাগী তেন্না থাবরবা হিংচাবশিংনা থোইনা শাউখিদুনা পুল্লপ্ পুল্লপ্ অশ্বত্থামা তম্ন চেলশিল্লকলে ।।১৪২।।

ভরতনন্দন ! মতম্ অসিদা অশ্বত্থামানা জীব পানবা অতৈ অমনা ওস্মোইদৌবা থবক অতুগা অঙকপা মথৌনা মক্তা লালকমদা উৎখি ।।১৪৩।। মরমদি মথক্তনা লাইগী ওইবা মন্ত্র শোল্লবা লংলবা তেলগী মপৈ অমনা ঘটোৎকচগী মাঙমক্তদা মহাক্কী হিংচাবা লাশ্মী মপৈবু হাৎখি ।।১৪৪।। প্রলয়গী মতম্‌দা সংবর্ত্তক কৌবা মৈনা জীবপানবা পূম্নমকপু চাকথেকলগা পূমলং লংনা ঙানবদুগুম্না অশ্বত্থামা অসি হিংচাবা পূম্নমকপু মাগী তেলগী মৈনা চাকৃথেক্‌হল্লব তুংদা তেজতনা মশাপূম্ব পূমঙান ঙানখি ।।১৪৫।। ভরতনন্দন ! লিলপা মান্না মহু কন্নবা তেল ময়াম্না অশ্বত্থামানা হিংচাবগী লাশ্মী মপৈবু চাকথেকলবদা অকনবা ঘটোৎকচনা মথক্ত নত্তনা পাণ্ডবলাশ্মী অতৈদি মমীৎ মমীৎমক্তা অশ্বত্থামাদা হংগৎনা য়েংবা ঙমখিদ্রে ।।১৪৬-১৪৭।। ভরতশাগৈগী অথোইবা ! মতম অসিদা শাউবনা ঈ কারবা মমীৎতু ঙ্গ্রোং-ঙ্গ্রোং ওনথক্তূনা হান্নদগী অমুক হেন্না শাউখিদুনা মন্না ক্রক্-ক্রক্ চীকতুনা, খুবাক্কা মকৈগন্দ পোপ-পোপ্ কুহুনা মচীনবান্ লেকতুনা "হৌজিকমক্ ঐবু অশ্বত্থামা তান্না পুশিল্লু !" হায়না মাগী সারথিদা হায়খি ।।১৪৮।। য়েক্লবা নৈহৎভম্বা, অকিবগী মশক ওইরবা, ঘটোৎকচনা অঙকপা শংনা ভমখিরবা মগুং

স বিনদ্য মহানাদং সিংহবদ্ভীমবিক্রমঃ। চিক্ষেপাবিধ্য সংগ্রামে দ্রোণপুত্রায় রাক্ষসঃ।
অষ্টঘণ্টাং মহাঘোরামশনীং দেবনির্ম্মিতাম্ ॥১৫০॥
তামবপ্লুত্য জগ্রাহ দ্রৌণির্ন্ন্যস্য রথে ধনুঃ। চিক্ষেপ চৈনাং তস্যৈব স্যন্দনাৎ সোঽবপুপ্লুবে ॥১৫১॥
সাশ্বসূতধ্বজং বাহং ভস্ম কৃত্বা মহাপ্রভা। বিবেশ বসুধাং ভিত্ত্বা সাশনির্ভৃশদারুণা ॥১৫২॥
দ্রৌণেস্তৎ কর্ম্ম দৃষ্ট্বা তু সর্ব্বভূতান্যপূজয়ন্। যদবপ্লুত্য জগ্রাহ ঘোরাং শঙ্করনির্ম্মিতাম্ ॥১৫৩॥
ধৃষ্টদ্যুম্নরথং গত্বা ভৈমসেনিস্ততো নৃপ!। ধনুর্ঘোরং সমাদায় মহদিন্দ্রায়ুধোপমম্।
মুমোচ নিশিতান্ বাণান্ পুনর্দ্রৌণের্মহোরসি ॥১৫৪॥
ধৃষ্টদ্যুম্নোঽপ্যসম্ভ্রান্তো মুমোচাশীবিষোপমান্। সুবর্ণপুঙ্খান্ বিশিখান্ দ্রোণপুত্রস্য বক্ষসি ॥১৫৫॥
ততো মুমোচ নারাচান্ দ্রৌণিস্তাভ্যাং সহস্রশঃ। তাবপ্যগ্নিশিখাপ্রখ্যৈর্জঘ্নতুস্তস্য মার্গণান্ ॥১৫৬॥
অতিতীব্রমভূদ্যুদ্ধং তয়োঃ পুরুষসিংহয়োঃ। যোধানাং প্রীতিজননং দ্রৌণেশ্চ ভরতর্ষভ ॥১৫৭॥
ততো রথসহস্রেণ দ্বিরদানাং শতৈস্ত্রিভিঃ। ষড়্‌ভির্বাজিসহস্রৈশ্চ ভীমস্তং দেশমাব্রজৎ ॥১৫৮॥

---

পুরবা, কিরাল মথল-মথল্ল লৈতংবা রথ অদুদা তোংখত্তূনা অশ্বত্থামাগা মখোয় অনীত মুথা-মুথি ওইনা শোরুখি ॥১৪৯॥ অকিব কংবা মপাঙ্গল মখৌনা লৈরবা ঘটোৎকচনা নোংশাগী মতৌগুম্ ঙং-লাউদুনা, শরীক নিপান পানবা, থৌরবা, শাংলবা লাইগী ওইবা বজ্র অম খংপায়-পায়খত্তূনা, মাদুবু উরুরুক লৈদুনা অশ্বত্থামা তম্ম মপা চপ্ চানা লাক্তূনা লংশিল্লকৃই ॥১৫০॥ মতম্ অদুদা অশ্বত্থামানা মাগী লীরুং অদু থ্‌না য়াঙনা রথ মথক্তা থম্নগা চোংখত্তূনা বজ্র অদুবু মখুৎ অনীনা তাপ্ ওক্তূনা কায়। অদুদগী অশ্বত্থামানা মাদুবু ঘটোৎকচরোমদা লাকতুনা লংশিল্লকৃই। মতম্ অদুদা ঘটোৎকচ অসি রথ মথক্তগী কল হৈক চোংথৈ ॥১৫১॥ অদুদগী বজ্র অদুনা পাইশিল্লকতুনা ঘটোৎকচগী রথ অদুবু শগোল সারথি কিরানগা লোয়ননা চাক্থেকলম্নগা লৈমুং চওখি ॥১৫২॥ মহাদেব মরুা শাবা, ঘটোৎকচগী বজ্র অদুবু অশ্বত্থামানা মখুৎ অনীনা ফাখিবদু উবদা, অউবমথৈনা মাগী তৌভমদবা থবক অদুগী দমক্ অশ্বত্থামাবু হন্ন-হন্ন থাগৎখি ॥১৫৩॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা ঘটোৎকচনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী রথদা চোংখৎখিদুনা মাগী অকিবগী মশক কংলবা ইন্দ্রধনুগুম্বা লীরুং অদু পায়খৎতুনা থৌর-থৌরবা তেল মকুনা অশ্বত্থামাগী থজীন্দা থবাক্ত থূম্ন-থূম্ন থাজিনবা হৌরকলে ॥১৫৪॥

মরক অসিদা ধৃষ্টদ্যুম্নসু রথমথক্তা খোঙকম্ চেৎনালৈদুনা থৌর থৌরবা তেল মথল মথল শত্তূনা অশ্বত্থামা তম্না কাপশিল্লকৃই ॥১৫৫॥ অদুগী তুংদা অশ্বত্থামাসু য়েত্তূম্ মচীন শাবা তেল লিশিং লিশিংনা ধৃষ্টদ্যুম্ন-ঘটোৎকচ অনীদা থাজিল্লকৃই। মখোয় অনীসু মচীন্দা মৈরি থোক্লা চাক্লবা থৌরবা তেল মকুনা অশ্বত্থামাগী নারাচ কৌবা তেল মরাম্ অদুবু থিংদুনা ঙাক্থোক্তূনা খমথি ॥১৫৬॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা! অশ্বত্থামা মখন্তগা কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ন-ঘটোৎকচ অনীগা

ততো ভীমানুজং রক্ষো ধৃষ্টদ্যুম্নঞ্চ সানুগম্। অযোধয়ত ধর্ম্মাত্মা দ্রৌণিরক্লিষ্টবিক্রমঃ ॥১৫৯॥
তত্রাদ্ভুততমং দ্রৌণির্দর্শয়ামাস বিক্রমম্। অশক্যং কর্ত্তুমন্যেন সর্ব্বভূতেষু ভারত ॥১৬০॥
নিমেষান্তরমাত্রেণ সাশ্বসূতরথদ্বিপাম্। অক্ষৌহিণীং রাক্ষসানাং শিতৈর্বাণৈরশাতয়ৎ ॥১৬১॥
মিষতো ভীমসেনস্য হৈড়িম্বেঃ পার্ষতস্য চ। যময়োর্ধর্ম্মপুত্রস্য বিজয়স্যাচ্যুতস্য চ ॥১৬২॥

(যুগ্মকম্)

প্রগাঢ়মঞ্জোগতিভির্নারাচৈরভিতাড়িতাঃ। নিপেতুর্দ্বিরদা ভূমৌ সশৃঙ্গা ইব পর্ব্বতাঃ ॥১৬৩॥
নিকৃত্তৈর্হস্তিহস্তৈশ্চ বিচলদ্ভিরিতস্ততঃ। রবাজ বসুধা কীর্ণা বিসর্পদ্ভিরিবোরগৈঃ ॥১৬৪॥
ক্ষিপ্তৈঃ কাঞ্চনদণ্ডৈশ্চ নৃপচ্ছত্রৈঃ ক্ষিতির্বভৌ। দ্যৌরিবোদিতচন্দ্রার্কা গ্রহাকীর্ণা যুগক্ষয়ে ॥১৬৫॥
প্রবৃদ্ধধ্বজমণ্ডূকাং ভেরীবিস্তীর্ণকচ্ছপাম্। ছত্রহংসাবলীজুষ্টাং ফেণচামরমালিনীম্ ॥১৬৬॥
কঙ্কগৃধ্রমহাগ্রাহাং নৈকায়ুধঝষাকুলাম্। বিকীর্ণগজপাষাণাং হতাশ্বমকরাকুলাম্ ॥১৬৭॥
রথক্ষিপ্তমহাবপ্রাং পতাকারুচিরদ্রুমাম্। শরমীনাং মহারৌদ্রাং প্রাসশক্ত্যুগ্রডুণ্ডুভাম্ ॥১৬৮॥

---

থেংনরিবা লাক্লাও অদু উবদা পক্ষ অনীমক্তী লাম্নীশিংনা খোইদোক্লা মুংঙাইখি ॥১৫৭॥ অদুগুম্ শোররিভৈ মতম্দা রথী লিশিং অম, শামু তোংবা লাম্নী চহুম্, শগোল তোংবা লাম্নী লিশিং হুম্ফ্‌গা লোয়ননা ভীমসেন অসি মথম্ অদুদা থুডৈ ॥১৫৮॥ মতম্ অসি, মতীক্ মগুণ চাউরবা, মরিল লৈরবা, খুৎলায় হৈরবা অশ্বত্থামাদি ধৃষ্টদ্যুম্নগা ঘটোৎকচগা মথস্তনা থেংনদুনা লৈরি ॥১৫৯॥ ভরতনন্দন, মহারাজ! মতম্ অসিদা অশ্বত্থামানা মীচম্ অমনা ভুম্নরোইদোবা, অমনা পাক্ তৌভমদবা থবক্ মক্ত লালকমদা উৎখি ॥১৬০॥ অশ্বত্থামানা উৎখিবা অঙকপা থবক হায়বদু মীকুপ অমগী মনুংদা খোরবা তেলগী মপৈ অমনা ভীম, ঘটোৎকচ, ধৃষ্টদ্যুম্ন, নকুল, সহদেব, যুধিষ্ঠির, অর্জ্জুন অদুগা কৃষ্ণ—মখোয়সিগী মাঙমক্তদা শগোল শামু রথী খোঙমীতনা পীক থল্লবা হিংচাবগী অক্ষৌহিণী লাম্নী মপৈ অমবু অশ্বত্থামা মথস্তনা তুম্না হাৎখি ॥১৬১-১৬২॥ চাউরা চাউরবা শামু লিশিং অদুনা অশ্বত্থামাগী তেন্না মশাদু পুম্‌য়োম্ য়োমদুনা অশ্বত্থামাগী যেৎতুম্ মচীন্‌শাবা তেলশিং অদু পানবদা শিদুনা লৈমায় থক্ত চীংদোল য়াম্না লোভলবা চীংদুম অমমমগী মতৌগুম্না তুমিন-তুমিন্না তাদুনা লৈখি ॥১৬৩॥ মশাদগী তোঙাল-তোঙাল তারবা শামু মনাতোলশিং অদুনা চাউর চাউরবা লিল অমমমগী মতৌগুম্না মরেঙ মরেঙ চৎতুনা লৈমায়থক্তা লৈরি। অদুগুম্না মনাতোলশিং অদুমক্তনসু রণভূমি অদুগী থক থক নীক্লা হাই হুন্নবা লৈতেং মপৈগী মশক ওইদুনা লালকমগী কজবা অম ওইখি ॥১৬৪॥

সনানা মখোক পান্‌বা, নিংথৌগী মকোকথক্ত খানবা, ছত্র কয়া কয়ানা তেক্তুনা তাদুনা লৈবদুদা লালকম্ অদু, সুমিৎ থাগা লোয়নরবা গ্রহ কয়ানা লৈতেংলবা নোংমদোন্‌গুম্ খোইনা ফজে ॥১৬৫॥ অদুগী তুংদা অশ্বত্থামানা লালকম্ অদুদা অকিবগী মশক্ ওইরবা ঈগী তুরেল অমা চেলহনখি ঈগী তুরেন্দা তাউরিবা হংগোইগী পরেংনা ফিরাল চৈখোকশিং অদুনা

মজ্জমাংসমহাপঙ্কাং কবন্ধাবজিতোড়ুপাম্। কেশশৈবলকল্মাষাং ভীরূণাং কশ্মলাবহাম্ ॥১৬৯॥
নাগেন্দ্রহয়যোধানাং শরীরব্যয়সম্ভাবম। শোণিতৌঘবহাং ঘোরাং দ্রৌণিঃ প্রাবর্ত্তয়ন্নদীম্ ॥১৭০॥
যোধার্ত্তরবনির্ঘোষাং ক্ষতজোর্ম্মিসমাকুলাম্। প্রয়ান্তীং সুমহাঘোরাং যমরাষ্ট্রমহোদধিম্ ॥১৭১॥
( কুলকম্ )

নিহত্য রাক্ষসান্ বাণৈর্দ্রৌণির্হৈড়িম্বমার্দ্দয়ৎ। পুনরপ্যতিসংক্রুদ্ধঃ সবৃকোদরপার্ষতান্ ॥১৭২॥
স নারাচগণৈঃ পার্থান্ দ্রৌণির্বিদ্ধা মহাবলঃ। জঘান সুরথং নাম দ্রুপদস্য সুতং বিভুঃ ॥১৭৩॥
( যুগ্মকম্ )

পুনঃ শত্রুঞ্জয়ং নাম সুরথস্যানুজং রণে। বলানীকং জয়ানীকং জয়াশ্বঞ্চাজিঘাংসিবান্ ॥১৭৪॥
শ্রুতাহ্বয়ঞ্চ রাজানং দ্রৌণির্নিন্যে যমক্ষয়ম্। ত্রিভিশ্চান্যৈঃ শরৈস্তীক্ষ্ণৈঃ সুপুঙ্খৈর্হেমমালিনম্ ॥১৭৫॥

---

ওইরি, পুংশেল তাউরিবত্থনা থেঙ্গু অমমম্গী মশক্নি। অঙৌ অঙৌবা ছত্রশিংনা লুকেৎ লুকেৎ তাউরিবত্থনা কাংঙ অমমম্ ওইরি। ভোরবা চামরশিং অত্থনা কোজোল ওইরি, মখোয়গী মথক্ত শাহিং ঙাহিং চাগদবগী তোংঙরিবা লাওজা উরোকশিং অত্থনা জলজন্তু অমমম্গী মশক্ ওইখি। তাউরিবা খুৎলায় মতেক মতাশিং অত্থনা ঙা মচা মচাগী মশক্নি। শামুশিংনা চোমলপ চোমলপ্ তারিবত্থনা মুংপাক্ মুংত্থম অমমম্ ওইগে, নাকল অনীদা হাইগৎ-হাইগত্থনা কৈরেং তুরেং লৈরিবা রথশিং অত্থনা ঈগী তুরেল অত্থগী রাংলবা তোর্ব্বান ওইগে, কিয়ালশিং মুংমুংত্থনা লৈরিবত্থনা উ মচামচাগী মতৌনি, তেলশিং অত্থনা ময়ুং শাংলবা লিলঙবা জীব মচামচানি তাশিং অত্থনা খোয়গ্রিং খোইত্রাং তাবত্থনা লিলবোপ্-তাংলৈনচিংবা লিলমঙ্গুম্ উই। শত্থমশিং-খোয়রী নাউরিশিংত্থনা পীৎ-পীৎ লাউনা লৈখোম্ থোকপা ওইরি। কোক্ য়াওত্রবা হকচাংশিং অত্থনা পোঙ্ মচা অমমম্গুমগে, শিঙম্নাঙমদনা লৈরিবা লাম্মীশিংগী লাউনরকপা মখোয়া তুরেল অত্থগী ঈরাওখোল ওইরি। অকিবগী মশক্ ওইরবা ঈগী তুরেল অত্থ শগোল শামুমীগী হকচাংনা থল্লবা লম্ অত্থদা তৌখিবা তুরেল অমা ওইনা উই। লাম্মীশিংগী মকোক্কী শম্শিং অত্থনা ঈশিং চরাংনচিংবগী মশক্নি। তুরেল অত্থনা ইরৈগা লোয়ননা চেল্লকপদি কিগনবা মীগী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোক্নফম্গী মশক্নি। হায়রিবা পোশক্শিং অসি ইরৈ কল্লবা তুরেল অত্থনা শাফু কন্না চেস্থত্থনা পুরি। তুরেল অত্থ যমরাজগী লৈপাক্তা লৈবা চাউরবা ঈপাক্ তম্না চেস্থরি ॥১৬৬-১৭১॥ অত্থগী তুংদা অশ্বত্থামানা হিংচাবা লাম্মীশিংবু তুম্না হাৎলবা তুংদা ঘটোৎকচবু নৈবা হৌরকলে। অত্থগী তুংদা মতীক্ মঙ্গল চাউরবা কল্লবা অশ্বত্থামানা থোইদোক্না শাউখিত্থনা য়েস্তুনা মচীন শাবা তেলগী মপৈ মপৈনা ভীম ধৃষ্টদ্যুম্ন অনীদা শাখিনা থাদগা দ্রুপদনিংথোগী মচা সুরথবু হাৎখি ॥১৭২-১৭৩॥ অত্থগী তুংদা অশ্বত্থামানা সুরথগী মনাওশিং শত্রুঞ্জয় বলানীক, জয়ানীক অত্থগা জয়াশ্ববু মথং মীৎনা হাৎখি ॥১৭৪॥ অত্থগী তুংদা অশ্বত্থামানা শ্রুতাহ্বয়বু যমালয়দা থাখি। থোরবা মচীন তুম্নবা তেল অত্থম্

জঘান স পৃষধ্রঞ্চ চন্দ্রসেনঞ্চ মারিষ ।। কুন্তিভোজসুতাংশ্চাসৌ দশভির্দশ জগ্নিবান্ ॥১৭৬॥
অশ্বত্থামা সুসংক্রুদ্ধঃ সন্ধায়োগ্রমজিহ্মগম্ । মুমোচাকর্ণপূর্ণেন ধনুষা শরমুত্তমম্ ।
যমদণ্ডোপমং ঘোরমুদ্দিশ্যাশু ঘটোৎকচম্ ॥১৭৭॥
স ভিত্ত্বা হৃদয়ং তস্য রাক্ষসস্য মহাশরঃ । বিবেশ বসুধাং শীঘ্রং সপুঙ্খঃ পৃথিবীপতে । ॥১৭৮॥
তং হতং পতিতং জ্ঞাত্বা ধৃষ্টদ্যুম্নো মহারথঃ । দ্রোণেঃ সকাশাদ্রাজেন্দ্র । ব্যপনিন্যে রথোত্তমম্ ॥১৭৯॥
ততঃ পরাঙ্মুখরথং সৈন্যং যৌধিষ্ঠিরং নৃপ ।। পরাজিত্য রণে বীরো দ্রোণপুত্রো ননাদ হ ।
পূজিতঃ সর্ব্বভূতৈশ্চ তব পুত্রৈশ্চ ভারত । ॥১৮০॥
অথ শরশতভিন্নকৃত্তদেহৈর্হতপতিতৈঃ ক্ষণদাচরৈঃ সমন্তাৎ ।
নিধনমুপগতৈর্মহী কৃতাভূদ্গিরিশিখরৈরিব দুর্গমাতিরৌদ্রা ॥১৮১॥

---

অমনা হেমমালীবু যমপুরদা য়োহনখি ॥১৭৫॥ ঈকাঋথুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ ! অদুগী ভুংদা অশ্বত্থামানা পৃষধ্র অদুগা চন্দ্রসেনবু হাৎখি । থোরবা তেল তরানা কুন্তিভোজ নিংথৌগী মচা তরা হাৎখি ॥১৭৬॥ অদুগী তুংদা অমুকহেন্না থীনা শাউরবা অশ্বত্থামানা অকিবগী মশক্ পুরবা ঘটোৎকচরোমদা মপাচুন্না সন্ধান্ তৌদুনা, লীরীবু নাকোং মরু কংনা চিংদুনা, যমদণ্ডগী মতোঙ্গম্বা চুম্‌দ্রিং চুন্নবা অকিবগী মশক ওইরবা তেল অমা তেঙ্গা থোংখি ॥১৭৭॥ মহারাজ ! তেল অদুনা পাইশিনখিদুনা হিংচাবা ঘটোৎকচগী থবাক্কগী ফাওদোক্‌খিদুনা আসোম্ রাংমদা তেন্না-তেনমৈ উদবমখৈ কৈনুদা চঙ্‌খি ॥১৭৮॥ নিংথৌ অথোইবা ' মহারথী ধৃষ্টদ্যুম্ন ঘটোৎ- কচ অসি শিবে তুগে হায়না খনখিদুনা মতাক্কী রথ অদু অশ্বত্থামাগী মনাক্তগী হাইদোক্‌লনা পুখি ॥১৭৯॥ ভরতনন্দন ! মহারাজ ! অদুগী তুংদা ঘটোৎকচ শিরে হায়না খন্‌খিদুনা পাণ্ডব- পক্ষগী রথ পুম্নমক্ চন্দোরগ্রে । অদুনা অবনবা অশ্বত্থামানা মাদুগী নুমিৎকী লালদা জয় ওইরবদুদা পাণ্ডবলমীশনা নীঙবা কায়না হন্নথ্রবদুদা সিংহনাদ কয় লাউখি । কৌরব লাম্মী পুম্নমক্না অদুগা মহারাজগী নচাঈবুঙোশিংনা অশ্বত্থামাবু লৈশি লৈথোনবগা লোয়ননা হন্ন হন্না থাগৎনখি ॥১৮০॥ অশ্বত্থামাগী তেন্না পানবদা মশা শিংগুপ্ শারবা, শকুম্ ওইনা তোঙাল তোঙাল তারবা হিংচাবশিংগী মশানা লাতযম্ অদুদা থুরক হতুদনা পূবকষ্ট চাইনা তারি । অমময়া চিংদুম্ চিপূ অমমমুঙম্ খিল-খিন্দুনা লৈরি । থাংগৈশেংবা শিবমক্তি শিদনা মরেং মরেং চত্‌লনা লৈবা কোঙ্গায় য়াওরি । মাদুদা লাল্‌কম্ অদু অকিবগী মশক ওইরবা মোংকম্ অমগী

তং সিদ্ধগন্ধর্ব্বপিশাচসংঘা নাগাঃ সুপর্ণাঃ পিতরো বয়াংসি ।
রক্ষোগণা ভূতগণাশ্চ দ্রৌণিমপূজয়ন্নপরসঃ সুরাশ্চ ।।১৮২।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে অশ্বত্থামপরাক্রমে ষট্‌ত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।।০।।

---

মশক ওইপ্রে ।।১৮১।। মতম অদুদা নোংমদোম্বক্ত লৈরিবা সিদ্ধসাধ্য-গন্ধর্ব্ব পিশাচ, নাগ (লিল) সুপর্ণ (গরুড় পিতৃলোক অচৌ অচৌবা উচেক, লাইরাম্ ভূৎপ্রেত হিংচাবশিংনা অশ্বত্থামাবু হন্না হন্না খাগৎখি ।।১৮২।।

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণ পর্ব্বদা ঘটোৎকচবধগী মনুংদা অশ্বত্থামা পরাক্রমগী চামকুনম্থ, তরুক শুবা অধ্যায় লোয়রে ।। X

---

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চামকুনথ্‌রাতরেৎশুবা অধ্যায় ।।

( দ্রোণ যুধিষ্ঠিরগী লাল )

সঞ্জয় উবাচ

দ্রুপদস্তাত্মজান দৃষ্ট্বা কুন্তিভোজসুতাংস্তথা । দ্রোণপুত্রেণ নিহতান্ রাক্ষসাংশ্চ সহস্রশঃ ।।১।।
যুধিষ্ঠিরো ভীমসেনো ধৃষ্টদ্যুম্নশ্চ পার্ষতঃ । যুযুধানশ্চ সংযত্তা যুদ্ধায়ৈব মনো দধুঃ ।।২।।
( যুগ্মকম্ )

সোমদত্তঃ পুনঃ ক্রুদ্ধো দৃষ্ট্বা সাত্যকিমাহবে । মহতা শরবর্ষেণ চ্ছাদয়ামাস ভারত ! ।।৩।।

---

**সঞ্জয়না হায় :—** অশ্বত্থামানা দ্রুপদনিংথৌগী মচাশিংবু, কুন্তি ভোজগী মচাশিংবু অদুগা হিংচাবা লাক্সী লিশং লিশিংবু হাৎখিবসি উবদা যুধিষ্ঠির, ভীমসেন, পৃষতকীমচা ধৃষ্টদ্যুম্ন অদুগা সাত্যকি—অকনবশিং অসিনা লাল অসি হায়দগী হেন্না চোংকশিন্না শোরুগে হায়না লেপ্লএ ।।১-২।। ভরতনন্দন ! সোমদত্তনা সাত্যকিবু অমুক উবা কংবদা শাউমনখিত্তনা খণ্ডহৌদনা

ততঃ সমভবদ্‌যুদ্ধমতব ভয়বর্দ্ধনম্ । ত্বদীয়ানাং পরেষাঞ্চ ঘোরং বিজয়কাঙ্ক্ষিণাম্ ॥৪॥
তং দৃষ্ট্বা সমুপায়ান্তং রুক্মপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ । দশভিঃ সাত্বতস্যার্থে ভীমো বিব্যাধ কৌরবম্ ।
সোমদত্তোঽপি তং বীরং শতেন প্রত্যবিধ্যত ॥৫॥
সাত্বতস্ত্বভিসংক্রুদ্ধঃ পুত্রাধিভিরভিপ্লুতম্ । বৃদ্ধবৃদ্ধং গুণৈঃ সর্ব্বৈর্যযাতিমিব নাহুষম্ ॥৬॥
বিব্যাধ দশভিস্তীক্ষ্ণৈঃ শরৈর্বজ্রনিপাতিভিঃ । শক্ত্যা চৈনং বিনির্ভিদ্য পুনর্বিব্যাধ সপ্তভিঃ ॥৭॥
(যুগ্মকম্)
ততস্তু সাত্যকেরর্থে ভীমসেনো নবং দৃঢ়ম্ । মুমোচ পরিঘং ঘোরং সোমদত্তস্য মূর্দ্ধনি ॥৮॥
সাত্বতোঽপ্যগ্নিসঙ্কাশং মুমোচ শরমুত্তমম্ । সোমদত্তোরসি ক্রুদ্ধঃ সুপত্রং নিশিতং যুধি ॥৯॥
যুগপৎ পেততুরথো ঘোরৌ পরিঘমার্গণৌ । শরীরে সোমদত্তস্য স পপাত মহারথঃ ॥১০॥
ব্যামোহিতে তু তনয়ে বাহ্লীকস্তমুপাদ্রবৎ । বিসৃজন্ শরবর্ষাণি কালবর্ষীব তোয়দঃ ॥১১॥
ভীমোঽথ সাত্বতস্যার্থে বাহ্লীকং নবতিঃ শরৈঃ । প্রপীড়য়ন্ মহাত্মানং বিব্যাধ রণমূর্দ্ধনি ॥১২॥
প্রাতীপীয়স্তু সংক্রুদ্ধঃ শক্তিং ভীমস্য বক্ষসি । নিচখান মহাবাহুঃ পুরন্দর ইবাশনিম্ ॥১৩॥
স তয়াভিহতো ভীমশ্চকম্পে চ মুমোহ চ । প্রাপ্য চেতশ্চ বলবান্ গদামস্মৈ সসর্জ্জ হ ॥১৪॥

---

নোংচুবগুম্ তেল্ মপৈ মপৈ সাত্যকিতম্ন কাপ্‌শিল্লকই ॥৩॥ মহারাজ। অহুদগীদি অমনা অমবু জয় তৌগে হায়না নীঙনরবা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমকী হায়নীঙায় লৈতনা কল্লবা লাঙ্গাও অম থোক্‌খ্রে ॥৪॥ সোমদত্তনা চঙ্‌শিল্লকপন্থ উবদা ভীমসেননা সাত্যকিগী মতেং পাংননবগীদমক্ চঙ্‌শিল্লকতুনা থোরবা তেল তরানা সোমদত্তদা থাখি। মতম্ অহুদা থোইনা শাউরবা সোমদত্তনা ভীমদা তেল্ চামা থাখি ॥৫॥ অমরোমদগী থোইদোক্না শাউরবা সাত্যকিনা বজ্রগা মান্নবা থোরবা তেল তরানা, মচা নৈখিদবগী ব্রারবা, অহল ওইরবা, নহুষগী মচা যযাতিগুম্বা গুণ পুম্নমক্না তিল্লবা সোমদত্তদা কম্না থাখি। মরক্ অহুদা অমুক সাত্যকিনা থোরবা তা অম লংশিল্লকতুনা সোমদত্তদা থিন্‌খি, অহুদগী অমুক্ তেল তরেৎনা কম্ন থাখি ॥৬-৭॥ অহুদগী অমুক সাত্যকিগী মতেং পাংগে হায়না চঙশিল্লকপা ভীমসেননা সোমদত্তগী মকোক্ত কল্লবা, থোরবা তা অমনা অমুক থিনখি ॥৮॥ শাউরবা সাত্যকিনা সোমদত্তগী মথবাক্ত মৈগী মতোঙ্গুম্না চাক্লবা লংলবা, তেম্না ফজনা পাল্লবা থোরবা, তেল অমনা কম্না থাখি ॥৯॥ ভীমনা থাবকপা খুৎলায় অহুগা সাত্যকিগী খুৎলায়গা অনী অসিনা মতম অমতদা সোমদত্তগী মশাদা পান্‌খি। অহুদগীদি সোমদত্ত অসি লালকম্‌দা তুখ্রে ॥১০॥ মচা সোমদত্তনা লালকমদা তুখিবসি উবদা মপা বাহ্লীক অসি তেম্না নোংচুবগুম কাপ্‌শিন কাপ্‌শিন্না সাত্যকি তম্না কুজিল্লকই ॥১১॥

মতম্ অহুদা ভীমসেননা সাত্যকিবু কনগে হায়বগীদমক্ থোরবা তেল্ মাপন্ন মহাত্মা ওইরবা বাহ্লীকত কম্ন থাখি ॥১২॥ অহুদগী প্রতীপকী মচা বাহ্লীক অসি থোইদোক্না শাউখিহুনা ইন্দ্রগী বজ্রগা মান্নবা কল্লবা-থোরবা তা অম লংশিল্লকতুনা ভীমগী থবাক্ত কম্ন থাখি ॥১৩॥ কল্লবা ভীমসেন অসি তা অহুনা লেংবদা রাম্বহুনা লৈখি। অহুদগী ঙহাক্

সা পাণ্ডবেন প্রহিতা বাহ্লীকস্য শিরোঽহরৎ। স পপাত হতঃ পৃথ্ব্যাং বজ্রাহত ইবাদ্রিরাট্ ।১৫।
তস্মিন্ বিনিহতে বীরে বাহ্লীকে পুরুষর্ষভে। পুত্রাস্তেঽভ্যদ্রবন্ ভীমং দশ দাশরথেঃ সমাঃ ।১৬।
নারাচৈর্দশভির্ভীমস্তান্ নিহত্য তবাত্মজান্। কর্ণস্য দয়িতং পুত্রং বৃষসেনমবাকিরৎ ।১৭।
ততো বৃষরথো নাম ভ্রাতা কর্ণস্য বিশ্রুতঃ। জঘান ভীমং নারাচৈস্তমপ্যভ্যবধীদ্বলী ।১৮।
ততঃ সপ্ত রথান্ বীরঃ শ্যালানাং তব ভারত।। নিহত্য ভীমো নারাচৈঃ শতচন্দ্রমপোথয়ৎ ।১৯।
অমর্ষয়ন্তো নিহতং শতচন্দ্রং মহারথম্। শকুনের্ভ্রাতরো বীরা গজাক্ষঃ শরভো বিভুঃ।
অভিদ্রুত্য শরৈস্তীক্ষ্ণৈর্ভীমসেনমতাড়য়ন্ ।২০।
স তুদ্যমানো নারাচৈর্বৃষ্টিবেগৈরিবর্ষভঃ। জঘান্ পঞ্চভির্ব্বাণৈঃ পঞ্চৈবাতিরাথান্ বলী।
তান দৃষ্ট্বা নিহতান্ বীরান্ বিচেলুর্নৃপসত্তমাঃ ।২১।
ততো যুধিষ্ঠিরঃ ক্রুদ্ধস্তবানীকমশাতয়ৎ। মিষতঃ কুম্ভযোনেশ্চ পুত্রাণাং তব চানঘ। ।২২।
অম্বষ্ঠান্ মালবান্ শূরাংস্ত্রিগর্ত্তান্ সশিবীনপি। প্রাহিণোন্মৃত্যুলোকায় ক্রুদ্ধো যুদ্ধে যুধিষ্ঠিরঃ ।২৩।।

---

লৈরগা জ্ঞান তারকতুনা অশাউবগা লোয়ননা, বাহ্লীককী মথবাক্ তম্না গদা অম লংশিল্লকই ॥১৪॥ ভীমনা লংঙকপা গদানা বাহ্লীককী মকোক্ অদু শিংগুপ্ শানা থুগাইখি। থন্নাই য়াওব্রবা বাহ্লীক অসি বজ্রনা থাবদা নীংখায়রবা চীঙজাও অমগুম্ লৈমায়থক্ত তুখি ॥১৫॥ মহারাজ! কল্লবা, নিপা অথোইবা বাহ্লীক তুপ্রবদা রামগী মতৌগুম্ কল্লবা নচাঈবুঙোশিং তরানা ভীম তম্না চেলশিল্লকই ॥১৬॥ মতম অদুদা ভীমনা খোরবা য়েংতুম্ মচীনশাবা তেল তরানা মহারাজ নচাঈবুঙো তরাদুবু হাংললগা তেলগী মপৈগী লাং অমনা কর্ণগী মচা বৃষসেনবু কুপ্শিন্দুনা থম্লে ॥১৭॥ অদুগী তুংদা, অকন্বনি হায়না কাওরবা কর্ণগী মনাও বৃষসেননা নারাচ কৌবা তেন্না ভীমদা কপ্পা থাখি। অদুদগী ভীমনা মহাকপুস্থু হাংহোকখি ॥১৮॥ ভরতনন্দন! অদুগী তুংদা অকনবা ভীমনা য়েংতুম্ মচীনশাবা তেন্না মহারাজগী মশেল ঈবুঙোশিংগী মনুংদা রথী তরেৎপু হাংললগা শতচন্দ্রবুসু লৈপ্পুংদা নম্শিন্থ্রে ॥১৯॥ মতম অদুদা শকুনিগী মনাওশিং অকনব গজাক্ষ, শরভ বিভু মখোয় অহুম্না শতচন্দ্রবু হাংখিবসিদা থাওব ঙমদতুনা মখোয় পুল্লগা ভীম তম্না ফুজিল্লকতুনা ভীমদা তেন্না কপ্প কপ্পা থাবা হৌরক্লে ॥২০॥ নোং মরী-মরীনা মথক্ত তারকপদা শঙ্খাউ ( কাও ) না নুংঙাইতবদুগুম্না ভীমসেননা মখোয় ময়াম্ন কাপ্শিল্লকপা তেল ময়ামদুগী চৈনাবু য়াম্ন নুংঙাইতনা চৈনা থাঙন-থাঙনা তেল মঙাথক্ কপ্প কাপশিল্লক্তুনা মখোয়গী মনুংদগী মঙাবু মথ্বাই লৌখি। অকন্বা মঙা অদুবু অমুক্তদা মীকুপ্ত হাংখিবতু উবদা কৌরবকী লান্মী নিংথৌ পুম্নক ঙকখি, থক থক নীকখি ॥২১॥ পাপ য়াওব্রবা মহারাজ! অদুগী তুংদা যুধিষ্ঠির অসি থোইদোক্পা শাউখিতুনা নচাঈবুঙোশিং অদুগা দ্রোণমক্কী মাঙদা কৌরবলান্মীশিংবু নৈব হৌরকলে ॥২২॥ শাউরবা যুধিষ্ঠিরনা লালকম অদুদা অম্বষ্ঠ, মালব, ত্রিগর্ত্ত অমদি শিবি

অভীষাহান্ শূরসেনান্ বাহ্লীকান্ সবসাতিকান্। নিকৃত্য পৃথিবীং রাজা চক্রে শোণিতকর্দ্দমাম্ ॥২৪॥
যৌধেয়ান্ মালবান্ রাজন্! মদ্রকাণাং গণান্ যুধি। প্রাহিণোন্মৃত্যুলোকায় শূরান্ বাণৈর্যুধিষ্ঠিরঃ ॥২৫॥
হতাহরত গৃহ্ণীত বিধ্যত ব্যবকৃন্তত। ইত্যাসীত্তুমুলঃ শব্দো যুধিষ্ঠিররথং প্রতি ॥২৬॥
সৈন্যানি দ্রাবয়ন্তং তং দ্রোণো দৃষ্ট্বা যুধিষ্ঠিরম্। চোদিতস্তব পুত্রেণ সায়কৈরভ্যবাকিরৎ ॥২৭॥
দ্রোণস্তু পরমক্রুদ্ধো বায়ব্যাস্ত্রেণ পার্থিবম্। বিব্যাধ সোঽপি তদ্দিব্যমস্ত্রমস্ত্রেণ জঘ্নিবান্ ॥২৮॥
তস্মিন্ বিনিহতে চাস্ত্রে ভারদ্বাজো যুধিষ্ঠিরে। বারুণং যাম্যমাগ্নেয়ং ত্বাষ্ট্রং সাবিত্রমেব চ।
চিক্ষেপ পরমক্রুদ্ধো জিঘাংসুঃ পাণ্ডুনন্দনম্ ॥২৯॥
ক্ষিপ্তানি ক্ষিপ্যমাণানি তানি চাস্ত্রাণি ধর্ম্মজঃ। জঘানাস্ত্রৈর্মহাবাহুঃ কুম্ভযোনেরবিত্রসন্ ॥৩০॥
সত্যাং চিকীর্ষমাণস্তু প্রতিজ্ঞাং কুম্ভসম্ভবঃ। প্রাদুশ্চক্রেঽস্ত্রমৈন্দ্রং বৈ প্রাজাপত্যঞ্চ ভারত।।
জিঘাংসুর্ধর্ম্মতনয়ং তব পুত্রহিতে রতঃ ॥৩১॥
পতিঃ কুরূণাং গজসিংহগামী বিশালবক্ষাঃ পৃথুলোহিতাক্ষঃ।
প্রাদুশ্চকারাস্ত্রমহীনতেজা মহেন্দ্রমন্যৎ স জঘান তেন ॥৩২॥

---

দেশগী অকনবশিংবু লোইনা যমালয়দা থাগ্রে ॥২৩॥ অদুগী তুংদা অমুক, যুধিষ্ঠিরনা অভীষাহ, শূরসেন, বাহ্লীক অদুগা বসাতি দেশগী লান্মী অরাম্বু হাৎতুনা লালকম্ অদুদা লোখোঙ অম চেম্বহনখি ॥২৪॥ মহারাজ! অদুদগী অমুক্, যুধিষ্ঠিরনা থৌর থৌরবা খুৎলায় অমদি তেন্না যৌধেয়দেশগী অমদি মদ্রদেশগী অকনবা লান্মীশিং কয়াবু মীকুপ্ত যমালয়দা থাখি ॥২৫॥ অদুদগীদি মায়কৈ ক্ষদোমদগী লাউনরকপনো হায়বা ঈথং-খণ্ডনা—মায়পৈপুম্বদগী "ভীম হাৎলু!"—"ভীমদা থাজিল্লু"—হায়না লাউনরকপা খোল্লাউ অসিতনা লালকম্ অদু পূমনিন নিনগ্রে ॥২৬॥ যুধিষ্ঠিরনা কৌরবলান্মীশিংবু নৈখাইরকপসি উবদা দ্রোণনা দুর্য্যোধন নিংথৌগী য়াথংদগী যুধিষ্ঠিরগী মথক্ত তেন্তনা নোং চুবগুম্ হৈথরকলে ॥২৭॥ অদুদগী খোইদোক্না শাউরবা দ্রোণনা যুধিষ্ঠিরমোযদা বুংশিৎকী তেল কাপ্লকই। মতমগুদা যুধিষ্ঠিরনা থৌরবা তেল অমনা দ্রোণগী তেল অদুবু ককথৎখি ॥২৮॥ বায়ব্যাস্ত্রবু ককথৎখিবদু উবদা দ্রোণ অসি খোইদোক্না শাউখিদুনা যুধিষ্ঠিরবু হাৎলগে হায়না খনখিদুনা অমুক্তদা বরুণ-যম, অগ্নি, ত্বাষ্ট্র (ব্রহ্মাগী তেল) অমদি সাবিত্র (সুমিৎকী তেল) কৌবা খুৎলায় অসি কাপ্শিল্লকই ॥২৯॥ মতম্ অদুদা কন্নবা, মপাম্বোম চাউরবা যুধিষ্ঠিরনা খোইদোক্না কিবিক্তদনা মশাগী থৌরবা তেন্তনা দ্রোণগী খুৎলায় ময়াম্ অসি লায়না থিংতুনা থমখি ॥৩০॥

ভরতনন্দন! মহারাজ! অসিগী তুংদা মহারাজগী নচা ঈবুংঙো দুর্য্যোধনগী ফনবত্ত থন্নবা দ্রোণনা মশাগী রাশক অদুধুম্ভ থুংহনগে খন্দুনা যুধিষ্ঠিরবু হাৎলগে খন্দুনা ঐন্দ্র (ইন্দ্রগী),

নিহন্যমানেষস্ত্রেষু দ্রোণঃ ক্রোধসমন্বিতঃ। যুধিষ্ঠিরবধপ্রেপ্সুর্ব্রাহ্মমস্ত্রমুদৈরয়ৎ ॥৩৩॥
ততো নাজ্ঞাসিষং কিঞ্চিদ্ঘোরেণ তমসা বৃতে। সর্ব্বভূতানি চ পরং ত্রাসং জগ্মুর্মহীপতে ॥৩৪॥
ব্রহ্মাস্ত্রমুদ্যতং দৃষ্ট্বা কুন্তীপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ। ব্রহ্মাস্ত্রেণৈব রাজেন্দ্র! তদস্ত্রং প্রত্যবারয়ৎ ॥৩৫॥
ততঃ সৈনিকমুখ্যাস্তে প্রশশংসুর্নরর্ষভৌ। দ্রোণপার্থৌ মহেষ্বাসৌ সর্ব্বযুদ্ধবিশারদৌ ॥৩৬॥
ততঃ প্রমুচ্য কৌন্তেয়ং দ্রোণো দ্রুপদবাহিনীম্। ব্যধমৎ ক্রোধতাম্রাক্ষো বায়ব্যাস্ত্রেণ ভারত! ॥৩৭॥
তে হন্যমানা দ্রোণেন পাঞ্চালাঃ প্রাদ্রবন্ ভয়াৎ। পশ্যতো ভীমসেনস্য পার্থস্য চ মহাত্মনঃ ॥৩৮॥
ততঃ কিরীটী ভীমশ্চ সহসা সংন্যবর্ত্ততাম্। মহদ্ভ্যাং রথবংশাভ্যাং পরিগৃহ্য বলং তব ॥৩৯॥
বীভৎসুর্দক্ষিণং পার্শ্বমুত্তরন্তু বৃকোদরঃ ভারদ্বাজং শরৌঘাভ্যাং মহদ্ভ্যামভ্যবর্ষতাম্ ॥৪০॥
তৌ তদা সৃঞ্জয়াশ্চৈব পাঞ্চালাশ্চ মহৌজসঃ। অন্বগচ্ছন্ মহারাজ! মৎস্যাশ্চ সহ সাত্বতৈঃ ॥৪১॥

---

প্রাজাপত্য (প্রজাপতি ব্রহ্মাগী) কৌবা খুৎলায় অনী মন্ত্র শোন্দুনা পুথোকখি ॥৩১॥ মতম অদুদা; মদুদ খোইদোক্লা নাচ্‌বিদবা, নোংশা অমদি শামু শাজৎ মান্‌বা, মথবাক্ কন্‌বা, মীত্তা ভাঙ্‌লৈননা কোয়রাওনবা তেজ কল্লবা কুরুপতি যুধিষ্ঠিরনসু অতোপ্পা ঐন্দ্রাস্ত্র অম পুথোকতুনা দ্রোণগী ঐন্দ্রাস্ত্রদুবু থিংদুনা থমখি ॥৩২॥ মহাক্কী খুৎলায়বু লায়না ককথৎখিবদু উবদা খোইদোক্লা শাউপ্রবা দ্রোণনা যুধিষ্ঠিরবু লোইথোক্লগে খন্দুনা ব্রহ্মাস্ত্র পুথোকখি মহারাজ! দ্রোণনা ব্রহ্মাস্ত্র কাপ্‌খোরকপদুদা মায়গৈ পুম্নমক মমখিদুনা করিগুম্বা অমত উবা ঙংখিদ্রে। জীব পান্‌ব পুম্বা কিবনা থক্ থক্ নীক্লখি ॥৩৪॥ নিংথৌ অথোইবা! দ্রোণনা কাপ্‌লকপা ব্রহ্মাস্ত্র অদুবু যুধিষ্ঠিরনসু ব্রহ্মাস্ত্র অম পুথোকতুনা থিংখি ॥৩৫॥ অনীনা তৌনরিবা লান্লোং অদু উবদা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমক্কী লাম্মীশিংনা নিপা অথোইবা, অচৌবা লীকং পায়বা লান্লোং পুম্বদা হৈনরবা, দ্রোণ যুধিষ্ঠির অনীবু চপ মান্নবা থাগৎনখি ॥৩৬॥ ভরতনন্দন! অদুগী তুংদা দ্রোণ আসি করি তৌনিংঙাই লৈত্রদুনা যুধিষ্ঠিরবু হুন্দোক্লম্লগা শাউবনা মমীত্ত ঈ কাদ্রনা বায়ব্যাস্ত্রনা দ্রুপদগী লাম্মী ময়াম্বু নৈব-হাৎপা হৌখি ॥৩৭॥ দ্রোণনা পাঞ্চাল লাম্মীশিংবু হাচ্চিল্লকপনি উবদা পাঞ্চাললাম্মী পুম্বা ভীম অর্জ্জুন অনীগী মাঙ্‌মক্তদা লালকম্ থাদোকতুনা চেন্নরক্‌লে ॥৩৮॥ মহারাজ! ভীম অর্জ্জুন অনীনা. দ্রোণনা তৌরিবদু উবদা; রথী লাম্মী পুন্নমক্না কৌরব লাম্মীশিংবু নৈথাইরম্লগা চেন্নরিবা মায়গৈ অদোমদা মমায় লৈশিল্লক্‌ই ॥৩৯॥ অর্জ্জুননা কৌরব লাম্মী মপৈদুগী য়েৎ লোমদগী অদুগা ভীমনা ওয়রোমদগী আক্রমন তৌশিন্নরকতুনা মায়গৈ অনীদগী, দ্রোণগী মথক্তা তেম্না নোংচুবগুম্ হৈখরক্লে ॥৪০॥ মহারাজ! মতম অদুদা তেজ কল্লবা সৃঞ্জয়, পাঞ্চাল, অমদি মৎস্যদেশগী লাম্মীশিংনা যদু বংশগী লাম্মীশিংগা লোয়ননা ভীম অর্জ্জুন অনীগী মতুং

ততঃ সা ভারতী সেনা বধ্যমানা কিরীটিনা। তমসা নিদ্রয়া চৈব পুনরেব ব্যদীর্য্যত ॥৪২॥
দ্রোণেন বার্য্যমাণাস্তে স্বয়ং তব সুতেন চ। নাশক্যন্ত মহারাজ! যোধা বারয়িতুং তদা ॥৪৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি
ঘটোৎকচবধে দ্রোণযুধিষ্ঠিরযুদ্ধে সপ্তত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

ইন্নরকই ॥৪১॥ য়ান্না মমখিবনা, ময়াম্ পুন্নমক অদু উইরুম্ শারুম্ তৌনরক্ পত্নদা, অদুগা অর্জুননসু তক্ শিল্লক পত্নদা কৌরব লাম্মী পুম্বা পুমচাই চাইথ্রে, মকম মরাং অমত খঙনখিদ্রে ॥৪২॥ মহারাজ! দ্রোণগা দুর্য্যোধনগা অনী চঙহুনা মখোল থোক্ন খাম্বন্ন করিমত য়াখিদ্রে চেনথ্রে ॥৪৩॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা ঘটোৎকচবধগী মনুংদা দ্রোণ যুধিষ্ঠিরযুদ্ধগী চামকুন্থ্রাতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ।*

---

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চামকুনথরানিপাল্শুবা অধ্যায় ।

( কৃপাচার্য্যগা কর্ণগা খৎনরকপা )

### সঞ্জয় উবাচ

উদীর্য্যমাণং তদ্দৃষ্ট্বা পাণ্ডবানাং মহদ্বলম্। অবিষহ্যঞ্চ মন্বানঃ কর্ণং দুর্য্যোধনোঽব্রবীৎ ॥১॥
অয়ং স কালঃ সংপ্রাপ্তো মিত্রাণাং মিত্রবৎসল!। ত্রায়স্ব সমরে কর্ণ! সর্ব্বান্ যোধান্ মহারথান্ ॥২॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! পাণ্ডবলাম্মী মপৈ অচৌব অম লাকপহ উবদা, খঙবদ য়ারপদবা মওং কিভমহু উবদা দুর্য্যোধননা কর্ণদা অসুম হায়রকই:—॥১॥ চান্নরব মরূপ্! হৌজিক্তি চান্নরবা মরূপ্ অমনা মরূপ অমগী দমক্ত তৌবিগদবা মতম অদু লাক্লেদো। পাঞ্চাল, মৎস্য, কেকয়, অদুগা পাণ্ডবপক্ষগী অতৈ অতৈ মহারথীশিংনা, নুংশামপী ফুইন-ফুইনা হোল্লবা

পাঞ্চালৈর্মৎস্যকৈকেয়ৈঃ পাণ্ডবৈশ্চ মহারথৈঃ।　বৃতান্ সমন্তাৎ সংক্রুদ্ধৈর্নিশ্বসদ্ভিরিবোরগৈঃ ॥৩॥
(যুগ্মকম্)

এতে নদন্তি সংহৃষ্টাঃ পাণ্ডবা জিতকাশিনঃ।　শক্রোপমাশ্চ বহবঃ পাঞ্চালানাং রথব্রজাঃ ॥৪॥

কর্ণ উবাচ।

পরিত্রাতুমিহ প্রাপ্তো যদি পার্থং পুরন্দরঃ।　তমপ্যাশু পরাজিত্য ততো হন্তাস্মি পাণ্ডবম্ ॥৫॥
সত্যং তে প্রতিজানামি সমাশ্বসিহি ভারত।।　হন্তাস্মি পাণ্ডুতনয়ান্ পাঞ্চালাংশ্চ সমাগতান্ ॥৬॥
জয়ং তে প্রতিদাস্যামি বাসবস্যেব পাবকিঃ।　প্রিয়ং তব ময়া কার্য্যমিতি জীবামি পার্থিব।।৭॥
সর্বেষামেব পার্থানাং ফাল্গুনো বলবত্তরঃ।　তস্যামোঘাং বিমোক্ষ্যামি শক্তিং শক্রবিনির্ম্মিতাম্ ॥৮॥
তস্মিন্ হতে মহেষ্বাসে ভ্রাতরস্তস্য মানদ।।　তব বশ্যা ভবিষ্যন্তি বনং যাস্যন্তি বা পুনঃ ॥৯॥
ময়ি জীবতি কৌরব্য! বিষাদং মা কৃথাঃ ক্বচিৎ।　অহং জেষ্যামি সমরে সহিতান্ সর্ব্বপাণ্ডবান্ ॥১০॥
পাঞ্চালান্ কেকয়াংশ্চৈব বৃষ্ণীংশ্চাপি সমাগতান্।　বাণৌঘৈঃ শকলীকৃত্য তব দাস্যামি মেদিনীম্ ॥১১॥

---

শাউরবা সিংশিংগী মতৌগুম্ন ফুজিল্লকতুনা মাযগৈ অকোয়্নবদগী ঐগী লান্মী রথী মহারথীশিংবু কোয়শিন্খ্রে। অদুনা চান্নখোইবা মরূপ্। নহাক্ কৌরব তেঙ্গোলসিবু অমুক্ত কল্লু ॥২-৩॥ "মফম্ অযাম্বদা জয ওইশিল্লক্রবা, মথ্ৰাই নুঙাইববা, মথোই কারব' পাণ্ডবশিং অসিনা অদুগা ইন্দ্রগা মান্নরবা পাঞ্চালগী রথী মহারথীশিংনা সিংহনাদ লাউরলাউরদুনা, ভংলদুনা মায়কৈ মারদগী ফূজিল্লক্লি" ॥৪॥ মাদু তাবদা কর্ণনা হায়রকই:—মরূপ্। নিংথৌ। ঐ রাশকতুনা হায়রি। ইন্দ্রমকস্ু অর্জ্জুনবু কনখ্রবস্তু ঐ অর্জ্জুনবু অহানবদা মায়থীব পীরগা, মতুংদা মাবু হাৎকে ॥৫॥ ভরতনন্দন দুর্য্যোধন! ঐ অমুকস্ু রাশক্লি তপ্থৌ, কিগনু। ঐ পাণ্ডবশিংবু অদুগা পাঞ্চালশিংবু পরাজয় তৌগে ॥৬॥ মহারাজ! কার্ত্তিক সেনাপতিনা ইন্দ্রদা রাজলক্ষ্মী পীখিবদুগুম্না ঐস্ু নংগী যেক্নপুম্নবু হাৎলগা জযলক্ষ্মী রাজলক্ষ্মী পীগে। ঐনা হিংলিবসে, মরূপ্। নংগী লমন্ শিংথগে হাযবগী দমক্তনি ॥৭॥ পাণ্ডবশিংগী মন্নুদা অর্জ্জুননা খ্বাইদগী অকন্বনি মাদু খভিঙ। মাঙোন্দ, ঐ, ইন্দ্রনা পীরবপা, অবেম্বদা মাঙঙরোইদোবা, অমনা ককপা স্নাক্তবা খুৎলায় অদু থাগনি ॥৮॥ মীবু ঈকায় খুম্নবিব হেবা! অচৌবা অকন্বা অর্জ্জুন হায়বসে মাসিবুত হেক্ হাৎপদা অতৈ পাণ্ডবাশিং আসিদি নংগী নখা পোল্লগদবনি। নত্রগা মখোয় মরি অমুক্ বনদা মরাইনা চঙ্খ্রগদবনি ॥৯॥ অদুনা কৌরব নন্দন! কর্ণ ঐনা হিংলিঙৈদা নহাক করিস্ু রাকম্ খোক্তে। ঐ পাণ্ডবশিংবু লোইনা জয তৌগে ॥১০॥ "ঐনা ঐগী খোরবা তেলগী মপৈ-মপৈনা, হেক লাকলিবা পাঞ্চাল, কেকয়, বৃষ্ণিবংশগী লান্মীশিংবু মতুপ্-মতুপ্, মচেৎ, মচেৎ তানা ককথত্নুনা থাদগে। মখোয়বু হাৎলগা য়েক্নতিংখং লৈতবা রাজ্যদু নঙোন্দা

## সঞ্জয় উবাচ।

এবং ব্রুবাণং কর্ণন্তু কৃপঃ শারদ্বতোঽব্রবীৎ। স্ময়ন্নিব মহাবাহুঃ সূতপুত্রমিদং বচঃ ॥১২॥
শোভনং শোভনং কর্ণ! সনাথঃ কুরুপুঙ্গবঃ। ত্বয়া নাথেন রাধেয়। বচসা যদি সিধ্যতি ॥১৩॥
বহুশঃ কত্থসে কর্ণ! কৌরবস্য সমীপতঃ। ন তু তে বিক্রমঃ কশ্চিদ্দৃশ্যতে ফলমেব বা ॥১৪॥
সমাগমঃ পাণ্ডুসুতৈর্দৃষ্টস্তে বহুশো যুধি। সর্ব্বত্র নির্জ্জিতশ্চাসি পাণ্ডবৈঃ সূতনন্দন! ॥১৫॥
হ্রিয়মাণে তদা কর্ণ! গন্ধর্ব্বৈর্ধৃতরাষ্ট্রজে। তদাযুধ্যন্ত সৈন্যানি ত্বমেকোঽগ্রে পলায়িথাঃ ॥১৬॥
বিরাটনগরে চাপি সমেতাঃ সর্ব্বকৌরবাঃ। পার্থেন নির্জ্জিতা যুদ্ধে ত্বঞ্চ কর্ণ! সহানুজঃ ॥১৭॥
একস্যাপ্যসমর্থস্ত্বং ফাল্গুনস্য রণাজিরে। কথমুৎসহসে জেতুং সকৃষ্ণান্ সর্ব্বপাণ্ডবান্ ॥১৮॥
অব্রুবন্ কর্ণ! যুধ্যস্ব কত্থসে বহু সূতজ!। অনুক্ত্বা বিক্রমেদ্যস্তু তদ্বৈ সৎপুরুষব্রতম্ ॥১৯॥
গর্জ্জিত্বা সূতপুত্র! ত্বং শারদাভ্রমিবাজলম্। নিষ্ফলো দৃশ্যসে কর্ণ! তচ্চ রাজা ন বুধ্যতে ॥২০॥

---

রাজ্যদান তৌগে ॥১১॥ সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ! কর্ণনা মতৌ অসুম্না হায়রকপা মতম্‌সিদা কৃপাচার্য্যনা মোমোন্ নোক্ত্‌না করেম্মনা অসুম্না হায়রকই :—॥১২॥ ভালো, ভালো! রাধানন্দন কর্ণ মহাবীর! চীথাঙ্খোংদা ভাঙবতনা থবক্ পাঙথোকপা হায়রবদি, দুর্য্যোধননা কন্নিগী অসুক্ য়াম্বা লাম্নী মসাগী অসি পৈথৎত্‌না হাৎলুগনি? ভাঙবত মহৈৰা নহাক্ অমত্তং লৈরগা হেক্ ময়োইকে চঙঙ্গ কর্ণ! দুর্য্যোধনগী মাঙদা নশাবু খাগচ্চরি। অদুবু ঙসি কাওবা নংনা কায় অঙকপা থবক্ অমত্তং তৌথোরক্পগে হায়বদু উজ্রি ॥১৪॥ সারথিগী মচা! পাণ্ডবশিংগা নংগা থেংনখিবা লাল কয়া ঈমীৎ থীৎনা উথ্রবনি। অদুবু কর্ণনা পাণ্ডবশিংবু অমুক্তদি ভম্মকই হায়বসি ঈনাকোঙ্‌না তাজ্রি ॥১৫॥ কর্ণ! অদুডৈ পাণ্ডবশিংনা বন চৎৈলদা, ঘোষযাত্রাগী মতম্‌দা, লম্লক্ত্‌দা মথোয়দা লঙনরুত্তনা, গন্ধর্ব্বাশিংনা দুর্য্যোধনবু কোন্দুনা পুথ্রবদা, কৌরবলাম্নী পূম্বনা চেম্নখি মতমতুদা, কনানা মাঙ থাত্তন চেল্লি? নং নত্রা? ॥১৬॥ অদুদগী কিরাটকী লৈপাক্তা শল্ খোম্বা চৎলুবদা, নখোয় কল্লবশিংবু ফিজেৎ অয়োনবা শেৎপা অর্জ্জুন মথন্তনা খোঙমী লাম্নী কনা অমত য়াওদনা করি দশা তাহন্‌খি? লাল অদুদা অর্জ্জুন মথন্তনা নংবু ননাওশিংগা লোয়নননা হৌগৎপ য়াদমথৈ মায়থীবা পীখি মাদু কাউররিনি ॥১৭॥

অদুনা কর্ণ! অর্জ্জুন মথন্তবু অমুক্ত জয় তৌবা ঙমদ্রিবা নংনা কররম্বা কৃষ্ণগা লোয়নননসু লৈরবা অর্জ্জুনবুক্ত নত্তনা পাণ্ডবশিংবু জয় তৌগদৌরিবনো? ॥১৮॥ অদুনা কর্ণ লাল তৌগে, থবক তৌগে হায়রকপদি, তুমিন্না রা ভাঙদনা অদুম্ মতৌরকউ। থবক করগা নসানা থাগৎ-চত্রবসু মীনা মরাইনা থাগৎচরকনি। সারথি নন্দন! নংদি মহৌশাদগীসু নশাবু য়াম্বা থাগৎচৈ ইভাঙ্ ভাঙদনা তুমিন্ন তৌথোরকপদুবু নিপা কৌবনি কর্ণ! ॥১৯॥ সারথিগী মচা! নংদি শরৎকী নোংমদোনদা পাইবা নোংঙম্বনি। খোংদ মখোংবা, ভংদ মভংবা চুদি ঈচু চুথদবা

তাবদ্গর্জ্জসি রাধেয় ! যাবৎ পার্থং ন পশ্যসি । আসাদ্য পার্থং হি তে বুদ্ধা দুর্লভং গর্জিতং পুনঃ ॥২১॥
অমনাসাদ্য তান্ বাণান্ কাঞ্চনস্ত বিগর্জ্জসি । পার্থসায়কবিদ্ধস্ত দুর্লভং তব গর্জ্জিতম্ ॥২২॥
বাহুভিঃ ক্ষত্রিয়াঃ শূরা বাগ্ভিঃ শূরা দ্বিজাতয়ঃ । ধনুষা ফাল্গুনঃ শূরঃ কর্ণ শূরো মনোরথৈঃ ॥২৩॥
এবং স রোষিতস্তেন তদা শারদ্বতেন হ । কর্ণঃ প্রহরতাং শ্রেষ্ঠঃ কৃপং বাক্যমথাব্রবীৎ ॥২৪॥
শূরা গর্জ্জন্তি সততং প্রাবৃষীব বলাহকাঃ । ফলঞ্চাশু প্রযচ্ছন্তি বীজমুপ্তমৃতাবিব ॥২৫॥
দোষমত্র ন পশ্যামি শূরাণাং রণমূর্দ্ধনি । তত্তদ্বিকত্থমানানাং ভারকোদ্বহতাং মৃধে ॥২৬॥
যং ভারং পুরুষো বোঢ়ুং মনসা হি ব্যবস্যতি । দৈবমস্য ধ্রুবং তত্র সাহায্যায়োপপদ্যতে ॥২৭॥
ব্যবসায়দ্বিতীয়োঽহং মনসা ভারমুদ্বহন্ । হত্বা পাণ্ডুসুতানাজৌ সকৃষ্ণান্ সহসাত্বতান্ ।
গর্জ্জামি যদ্যহং বিপ্র ! তত্র কিং তব নশ্যতি ॥২৮॥
বৃথা শূরা ন গর্জ্জন্তি শারদা ইব তোয়দাঃ । সামর্থ্যমাত্মনো জ্ঞাত্বা ততো গর্জ্জন্তি পণ্ডিতাঃ ॥২৯॥
সোঽহমদ্য রণে যত্তৌ সহিতৌ কৃষ্ণপাণ্ডবৌ । উৎসহে মনসা জেতুং ততো গর্জ্জামি গৌতম ! ॥৩০॥
পশ্য ত্বং গর্জ্জিতস্যাস্য ফলং মে বিপ্র ! সানুগান্ । হত্বা পাণ্ডুসুতানাজৌ সহকৃষ্ণান্ সসাত্বতান্ ।
দুর্য্যোধনায় দাস্যামি পৃথিবীং হতকণ্টকাম্ ॥৩১॥

---

শরৎকী নোংনা খোংবদি অরেম্বদা খোংবনি ॥২০॥ রাধানন্দন ! নংনা ঙাংলিবা খোংলিবসি অর্জ্জুনগী মশক উৎন্রিক্কাওবতনি । অর্জ্জুনগী মশক তেক উবদা ঙংলিবদো অমুক্তগা তাজখিগে হায়বা ফংঙরোইদোবনিকো ॥২১॥ কর্ণ ! অর্জ্জুনগী তেন্না নশাদ পানক্লি মখৈ ঙংখো, খোংখো । মহাক তেক লাকপদা থংলেপ লেপপ্রগদোবনি ॥২২॥ "ক্ষত্রিয়না কনবনা পাম্বোম্‌না, ব্রাহ্মণনা কনবনা মচীন্দা, অর্জ্জুননা কনবনা লীরু'দা কর্ণনা কনবনা রাশক্তা ॥২৩॥ কৃপাচার্য্যনা অসুম্না হায়রক-পসিদা শাউবনা মমীত্ত ঐ কারবা কর্ণনা কৃপদা অসুম্না হায়রকই ॥২৪॥ চুম্মি কৃপাচার্য্য বর্ষাদা নোং রাম্না ভাই । মতম চানা খাখিবা মরুস্থ পোখায়রুনা মরোল চোংঙি, মহৈ রালি ॥২৫॥ লালদা কনবনা অচৌবা ভার অম পুক্তুনা মশাবু অকনবনি হায়না খন্দুনা মপুক্কিং খৌপচৈ, মীগী অকিবব্রুস্থ হলহল্লি । মসিদা ঐগী দোষ করি লৈ ? ॥২৬॥ করিগুম্বা অচৌবা ভার অমা পুরিবা মীনা থবক পাংথোক্কে হায়রুনা মপুক্রিংদা স'বল্ল তৌই । মীশক্ অক্তদা "মরায়-বক্তা ত্বম্বা" হায়বকুনা মতেংপাংনিংখি খঙঙু কৃপাচার্য্য ॥২৭॥ ব্রাহ্মণ ! ঐনা য়েরুবশীংবু ঙমগনি হায়না খন্দুনা ঈশানা ঙম্বা ইশাগী লৈজবা পাঙ্গল থাংদোকতুনা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অমদি সাত্বত বংশগী অকনবশিংগা লোয়নননা পাণ্ডবশিংবু হাৎকে হায়বগী উদ্দেশ্য অমমমতুনা ঙংলি, রাশক্লি । মসিদা ঐগী নংগী করি অমাংবা লৈরি ॥২৮॥ অকনবশিংনা শরৎকী নোংগী মতৌগুম্না অরেম্বদ ঙংদবনি । ঙংলিবসে মশাগী শক্তি অম লৈরিকো হায়না খঙ্গুনা ঙংলিবনি খঙঙু ॥২৯॥ গৌতমনন্দন ! অদুনা ঐন্দু ঙাসগী লান্দা কৃষ্ণবু অমদি অর্জ্জুনবু ঙম্‌গনি হায়না খল্লি, অদুনা ঙাংলিবনি মসিদা করি দোষ লৈ ? ॥৩০॥

ব্রাহ্মণ ! ঐনা ঙংলিবসিগী মহৈস্থ নং তুফ্ক মরেঙঙু । ঐ থংগী নমাঙদা অমুকম্থ

কৃপ উবাচ ।

যদোরুত্তমলাপ্য যেন প্রাক্তন মুক্তক ।। যদাকিঞ্চিদপি দৈব কৃষ্ণৌ ধর্ম্মাত্মজ পাণ্ডবম্ ।
কথঞ্চন বরঃ কর্ণ । যত্র যুদ্ধবিশারদৌ । দেবগন্ধর্ব্বযক্ষাণাং মনুষ্যোরগরক্ষসাম্ ।
সংশিতাত্মাবপি রণে অজেয়ৌ কৃষ্ণপাণ্ডবৌ ।৩৩।

ব্রহ্মণ্যঃ সত্যবাক্ দান্তো গুরুদৈবতপূজকঃ । নিত্যং ধর্ম্মরতশ্চৈব কৃতাস্ত্রশ্চ বিশেষতঃ ।
ধৃতিমাংশ্চ কৃতজ্ঞশ্চ ধর্ম্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ ।৩৪।

ভ্রাতরশ্চাস্য বলিনঃ সর্ব্বাস্ত্রেষু কৃতশ্রমাঃ । গুরুবৃত্তিরতাঃ প্রাজ্ঞা ধর্ম্মনিত্যা যশস্বিনঃ ।৩৫।
সম্বন্ধিনশ্চেন্দ্রবীর্য্যাঃ স্বনুরক্তাঃ প্রহারিণঃ । ধৃষ্টদ্যুম্নঃ শিখণ্ডী চ দৌর্ম্মুখির্জনমেজয়ঃ ।৩৬।
চন্দ্রসেনো ভদ্রসেনঃ কীর্ত্তিবর্ম্মা ধ্রুবো ধরঃ । বসুচন্দ্রো দামচন্দ্রঃ সিংহচন্দ্রঃ সুতেজনঃ ।
দ্রুপদস্য তথা পুত্রা দ্রুপদশ্চ মহাস্ত্রবিৎ ।৩৭। (যুগ্মকম্)

যেষামর্থায় সংযত্তো মৎস্যরাজঃ সহানুগঃ । সুদর্শনো শতানীকঃ শ্রুতানীকঃ শ্রুতধ্বজঃ ।৩৮।
বলানীকো জয়ানীকো জয়াশ্বো রথবাহনঃ । চন্দ্রোদয়ঃ কামরথো বিরাটভ্রাতরঃ শুভাঃ ।৩৯।
(যুগ্মকম্)

---

হয়া রাশক্লি । ঐ ওসিগী লান্দা কনাগী খোঙমী লাম্মী, কৃষ্ণ, সাত্যকিগা লোয়ননা পাণ্ডবশিংবু ওমন্থনা দুর্য্যোধনদা য়েক্কতিংবং লৈতবা রাজ্যদান তৌরম্‌গনি ।।৩১।। কৃপাচার্য্যনা হায় :—সারথি-নন্দন ! নংনা কৃষ্ণ-অর্জুন অদুগা পাণ্ডবশিংবু করিম্ভু লৈতনা উশিন্তনা ওাওলিবদো, চোইরোল্লি । চোইরোল্ লোনবা মীগী মরা লৌদে ।।৩২।। কর্ণ ! লাজগীদমক্ শেমশায়বা লাইহিংচাবা, যক্ষ, রক্ষ, গন্ধর্ব্ব, লিল, তাইবং মী পুম্নমক্না হোন্থনা শোরুম্মরস্থ ওম্মোইদৌবা কৃষ্ণ-অর্জুননা লৈরিবা পক্কনা জয় ওইবা হায়বসে, লৈবাক্তা খুদ্রুম্না ওবনি ।।৩৩।। ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠির হায়বসে ব্রাহ্মণগী কায়বত্তা থন্‌বা, অচুম্বা ওাওবা, ইন্দ্রিয় খুদ্রুম্ চনবা, লাইগুরুবু সুনা কিনা তৌবা ধর্ম্মদা পুক্নীং চঙবা, খুৎলায় লোইনা তমস্থনা হৈবয়া, তপথবা, তহাতহাদবা, হোনবা খঙবা তৌবিমল্ খঙবা মীশক্ অমনি ।।৩৪।। মহাক্কী মনাওশিংস্থু ছুমত্তায়, গুরুজনদা ভক্তি লৈবা যহৈ হৈবা, নোম্রুকপা, ধর্ম্মদা পুক্নীং চঙ্‌বা, মীংচৎ চাউবা মক্তনি ।।৩৫।। যুধিষ্ঠিরগী ওাইশেল মশেল মবাইশিং লৈরিবা, দ্রুপদগী মচামচাশিং লৈরিবসে লোইনা অকনবা ধর্ম্মখঙবা মক্তনি । মখোয়দুগী মনুংদা ধৃষ্টদ্যুম্ন, শিখণ্ডী, দৌর্ম্মুখি, জনমেজয়, চন্দ্রসেন, ভদ্রসেন কীর্ত্তিবর্ম্মা, ধ্রুব, ধর, বসুচন্দ্র, দামচন্দ্র, সিংহচন্দ্র সুতেজন হায়রিবশিং অসি অকনবমক্তনি । দ্রুপদ মশামকস্থ অস্ত্র-শাস্ত্রদা মহা ওইনা হৈরবা নিপা অমনি ।।৩৬-৩৭।। মনাওশিংগা লোইনদবা, মৎস্যরাজ বিরাটমকস্থ হীরম্‌পুম্নমক্তা পাণ্ডবশিংগী কননবা খল্লিবা নিপা অমনি । সুদর্শন, শতানীক, শ্রুতধ্বজ, বলানীক, জয়ানীক, জয়াশ্ব, রথবাহন, চন্দ্রোদয়, কামরথ—মখোয় অসি বিরাট নিংথৌগী করবা

অসৌ চ দ্রৌপদেয়াশ্চ রাক্ষসশ্চ ঘটোৎকচঃ। বেবার্দ্ধার্থং যুধ্যন্তে স্ব যোধাঃ নিহতে ক্ষয়ঃ।
এতে চান্যে চ বহবো গণাঃ পাণ্ডুসুতস্য বৈ ॥৪০॥
কামং খলু জগৎ সর্ব্বং সদেবাসুরমানুষম্। সযক্ষরাক্ষসগণং সভূতভুজগদ্বিপম্ ॥৪১॥
নিঃশেষং ভুজবীর্য্যেণ কুর্ব্বাতে ভীমফাল্গুনৌ। যুধিষ্ঠিরশ্চ পৃথিবীং নির্দ্দহেদ্ঘোরচক্ষুষা ॥৪২॥
( যুগ্মকম্ )
অপ্রমেয়বলঃ শৌরির্যেষামর্থে চ দংশিতঃ। কথং তান্ সংযুগে কর্ণ! জেতুমুৎসহসে পরান্ ॥৪৩॥
মহানপনয়স্ত্বেষ তব নিত্যং হি সূতজ।। যস্ত্বমুৎসহসে যোদ্ধুং সমরে শৌরিণা সহ ॥৪৪॥

সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্তস্তু রাধেয়ঃ প্রহসন্ ভরতর্ষভ। অব্রবীচ্চ তদা কর্ণো গুরুং শারদ্বতং কৃপম্ ॥৪৫॥
সত্যমুক্তং ত্বয়া ব্রহ্মন্! পাণ্ডবান্ প্রতি যদ্বচঃ। এতে চান্যে চ বহবো গণাঃ পাণ্ডুসুতস্য বৈ ॥৪৬॥
অজয্যাশ্চ রণে পার্থা দেবৈরপি সবাসবৈঃ। সদৈত্যযক্ষগন্ধর্ব্বপিশাচোরগরাক্ষসৈঃ।
তথাপি পার্থান্ জেষ্যামি শক্ত্যা বাসবদত্তয়া ॥৪৭॥
মম হ্যমোঘা দত্তেয়ং শক্তিঃ শক্রেণ বৈ দ্বিজ।। এতয়া নিহনিষ্যামি সব্যসাচিনমাহবে ॥৪৮॥

---

মনাওশিংমক্তনি ॥৩৮-৩৯॥ অদুগী মথক্তা নকুল, সহদেব, দ্রৌপদীগী মচাশিং অদুগা পাকশিবিরোই-দোবা,—অশ্বত্থামানা হাৎড়ুনা শিধে হায়না খল্লব্রবা ঘটোৎকচনচিংবা পাণ্ডবশিংগী মরুপ ওইবত্ত খন্দুনা লৈরিবা মথোয়সিগী মরক্ত কনা অমতত্ন হৌজিক্‌কাও শিঙ্গি, শোকনরি মথোয়শি নত্তকা যুধিষ্ঠিরগী পক্ষদা অকনবা কয়া লৈরি ॥৪০॥ ভীম অর্জ্জুন হায়রিবা অনীসি, মথোয়না নীঙবগী মতুংদা, মাগী মাগী পাম্বোমগী পাজস্তনা, দেবতাশিং যক্ষ, রক্ষ, ভূতপ্রেত, শগোলশামুগা লোয়ননা জগৎ অসিবু খুদক্ত মাঙন তারুবা তৌবা ঙম্মিবনি। যুধিষ্ঠির হায়বা নিপা অসি মাগী অশাউবগী মীৎয়েং অমতনা জগৎপুম্ব মীকুপ্তা চাকথেকপা ঙম্বা নিপানি ॥৪১-৪২॥ অসি খ্বাইগী মথক্তা, কর্ণ! মহাক অসি কদায় কাওবা কনবগে হায়বা লেপনকম্ খঙদবা কৃষ্ণ হায়বসে মতম মতমগী মতুংদা পাণ্ডবশিংগী দমক্ত লালগী শেমশাদুনা লৈরিবনি হায়বসি খঙঙ্‌। অসি পুম্নমক ওকৃথল খন্দনা নংনা করিগীদমক্ পাণ্ডবশিংবু ওমগনি হাৎকনি হায়দুনা রাশক্‌লিবনো ? ॥৪৩॥

"সারথিনন্দন! নহাকী কত্রবা স্বভাব অম লৈরি---নংনা সুমিৎ চুপ্প কৃষ্ণমক্তা লালকমদা থেংনগে হায়না খন্‌বা অম তৌরি" ॥৪৪॥ সঞ্জয়না হায়:—মহারাজ! কৃপাচার্য্যনা অম্ময়া হায়রবদা কর্ণনা নোক্‌ নোক্‌না হায়রকই— ॥৪৫॥ ব্রাহ্মণ! পাণ্ডবশিংগী মরমদা হায়বিরিবদো অচুম্বনি। মথোয় নৎতবা অকনবা কয়া কয়া যুধিষ্ঠিরগী পক্ষদা য়াওরি ॥৪৬॥ ইন্দ্রমক্তা লোয়নরবা লাইরাক্তা, যক্ষ, রক্ষ, গন্ধর্ব্ব, কিন্নর, পিশাচ, লিলাশিংমক্তা পাণ্ডবশিংবু জয় তৌব ঙমদে হায়বদো অচুম্বনি। অদুবু ব্রাহ্মণ! লাইমক্তা ওমত্রবা পাণ্ডবশিং অসে, ইন্দ্রনা পীবা তা অসিনা মথোয়বু জয় তৌগদৌরিবনি ॥৪৭॥ ব্রাহ্মণ! ঐঙোন্দা ইন্দ্রদত্ত হায়বা তা অম লৈরি হায়বসি

হতে তু পাণ্ডবে কৃষ্ণো কাত্তরশ্চাত্র সোদরাঃ। অনর্জ্জুনাং মহীং ভোক্তুং ন শক্ষ্যন্তি কথঞ্চন ॥৪৯॥
তেষু নষ্টেষু সর্ব্বেষু পৃথিবীয়ং সসাগরা। অযত্নাৎ কৌরবেন্দ্রস্য বশে স্থাস্যতি গৌতম ! ॥৫০॥
সুনীতৈরিহ সর্ব্বার্থাঃ সিধ্যন্তে নাত্র সংশয়ঃ। এতমর্থমহং জ্ঞাত্বা ততো ধর্ষামি গৌতম ! ॥৫১॥
যত্ত্ব যুক্তঞ্চ বিপ্রশ্চাপ্যাশক্তশ্চাপি সংযুগে। কৃতস্নেহশ্চ পার্থেষু মোহাত্মামবমন্যসে ॥৫২॥
যত্তন্নং কথ্যসে ভূয়ো যথাপ্রিয়মিহ দ্বিজ ।। ততস্তে খড়্গমুদ্যম্য জিহ্বাং ছেৎস্যামি দুর্ম্মতে ! ॥৫৩॥
যচ্চাপি পাণ্ডবান্ বিপ্র ! স্তোতুমিচ্ছসি সংযুগে। ভীষয়ন্ সর্বসৈন্যানি কৌরবেয়াণি দুর্ম্মতে ! ॥৫৪॥
তত্রাপি শৃণু মে বাক্যং যথাবদ্ব্রুবতো দ্বিজ !। দুর্য্যোধনশ্চ দ্রোণশ্চ শকুনির্দুর্ম্মুখো জয়ঃ ॥৫৫॥
দুঃশাসনো বৃষসেনো মদ্ররাজস্তথৈব চ। সোমদত্তশ্চ ভূরিশ্চ তথা দ্রৌণির্বিবিংশতিঃ ॥৫৬॥
তিষ্ঠেয়ুর্দংশিতা যত্র সর্ব্বে যুদ্ধবিশারদাঃ। জয়েদেতান্ নরঃ কোঽত্র শক্রতুল্যবলোঽপ্যরিঃ ॥৫৭॥

(কলাপকম্)

শূরাশ্চ হি কৃতাস্ত্রাশ্চ বলিনঃ স্বর্গলিপ্সবঃ। ধর্ম্মজ্ঞা যুদ্ধকুশলা হন্যুর্যুদ্ধে সুরানপি ॥৫৮॥

খণ্ডবিরমাগে। মাসি, ঐ, অর্জ্জুনবু হাৎকে হায়রুনা পুন্নাতোক্তনা থম্রিকনি ॥৪৮॥ অর্জ্জুন হেক্ লৈতবদা কৃষ্ণ অসে মীকুপ্ অমত সংসারসিদা পম্বরোইদোবনি। অদুগা লৈহৌরিবা পাণ্ডবশিংনসু অর্জ্জুন য়াওদনা পৃথ্বী পুম্বগী সিংহাসন পীরকাওবা ভোগ তৌররোইদোবনি। অর্জ্জুন কায়নবগী য়াবনা মথ্থাই থাবনা হাপ্লগদবনি ॥৪৯॥ অদুনদি ব্রাহ্মণ! সমুদ্রনা থাংগপাৎ ওইনা কোয়রিবা চাউরবা ভূখণ্ড অসি ঈনোম নোংমদনা দুর্য্যোধনগী মথা পোল্লবনি ॥৫০॥ গৌতম! নীতিবু কজনা শীজিন্নরবদি জগৎ অসিদা নিঘয়পুম্বা ওয় পাডথোকপা য়াবনি। ওইথোক্কবা হায়বা থবক্ অমত লৈতবনি। মাসিদা করিমত চিংনকম্ লৈত্রবনি। তত্ব অসি খঙদুনা ঐনা ঙাংলিবান, লাউরিবনি ॥৫১॥ অদুগা নহাক্তি ব্রাহ্মণ। অহল ওইরে, লাল্ অহুক্ য়াম্ন শোক্লব ওম্রে। পাণ্ডবশিংবু মন্নুং মন্নুংদা য়াম্ন সুংশিনা থম্রিবনি। অদুনা কর্ণ ঐগী রাশকপু নোক্লরি ॥৫২॥ য়েংঙ্! কত্রবা ব্রাহ্মণ! অমুক হন্ন ঐঙোন্দা অসিগুম্বা খোঁওই উশিংতবা, নাকোংদা হাপ্ল য়াদবসি অনীরক হল্লবদি থাঙশাং অসি শৎতুনা নরৈন্থ ককৃথৎ-কদবনি ॥৫৩॥ হৈ কত্রবা ব্রাহ্মণ! লালকম্ ময়ায়দা, য়েক্লবগী মগুপ থাগৎতুনা কৌরবলাল্লী মবুক্লীং হন্থহল্লি। হায়বিগে তাও দুর্য্যোধন, দ্রোণ, শকুনি, দুর্ম্মুখ, জয়, দুঃশাসন, বৃষসেন, মদ্ররাজ, নং, সোমদত্ত! ভূরি, অশ্বত্থামা, অদুগা বিবিংশতি—হায়রিবা পুম্বসিনা পুল্লগা চেৎক-শিন্না, শেমশান্নুনা লৈবা মকমদা, য়েক্লবশিংসিগী মন্নুংদা ইন্দ্রমক্কা মান্ননা কনবা য়াওদনম্ন মহাক্লা ঐখোয় ময়ান্থু জয় থক্ তৌব ঙম্মোই ॥৫৪-৫৭॥ অদুগা অসিমন্থ লৈ—খুৎলায়দা মপুংফানা হৈরবা কল্লবা, লান্দা কিদব-হন্দবা, লালকম্দা থরাই থারগা স্বর্গ পাম্বা, ধর্ম্মখঙবা, লান্দা হৈশিংবা অকনবা ওইরবদি ভাইবং মী খঙদে, অম খঙদে, স্বর্গগী লাইরাম্ কাওবপু

এতে হ্যাস্তম্ভি সংগ্রামে পাণ্ডবানাং বধার্থিনঃ। জয়মাকাঙ্ক্ষমাণা হি কৌরবেয়স্য সংশিতাঃ ॥৫৯॥
নৈবাহমহং মন্যে জয়ং সুবলিনামপি। যত্র ভীষ্মো মহাবাহুঃ শেতে শরশতাচিতঃ ॥৬০॥
বিকর্ণশ্চিত্রসেনশ্চ বাহ্লীকোঽথ জয়দ্রথঃ। ভূরিশ্রবা জয়শ্চৈব জলসন্ধঃ সুদক্ষিণঃ ॥৬১॥
শলশ্চ রথিনাং শ্রেষ্ঠো ভগদত্তশ্চ বীর্য্যবান্। এতে চান্যে চ রাজানো দেবৈরপি সুদুর্জয়াঃ ॥৬২॥
নিহতাঃ সমরে শূরাঃ পাণ্ডবৈর্বলবত্তরাঃ। কিমন্যদ্দৈবসংযোগান্মন্যসে পুরুষাধম। ॥৬৩।

(বিশেষকম্)

যাংশ্চ তান্ স্তৌষি সততং দুর্য্যোধনরিপূন্ দ্বিজ।।
তেষামপি হতাঃ শূরাঃ শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥৬৪॥

ক্ষীয়ন্তে সর্ব্বসৈন্যানি কুরূণাং পাণ্ডবৈঃ সহ। প্রভাবং নাত্র পশ্যামি পাণ্ডবানাং কথঞ্চন ॥৬৫॥
যাংস্তান্ বলবতো নিত্যং মন্যসে ত্বং দ্বিজাধম!। যতিষ্যেঽহং যথাশক্তি যোদ্ধুং তৈঃ সহ সংযুগে।
দুর্য্যোধনহিতার্থায় জয়ো দৈবে প্রতিষ্ঠিতঃ ॥৬৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে কৃপকর্ণবিবাদে অষ্টত্রিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০১ *

——(:0:)——

জয় তৌব ঙম্বনি—খঙঙ্ ॥৫৮॥ হায়রিবা মীশক্‌শিং অসিনা পাণ্ডবশিং হাৎলগা। দুর্য্যোধনগী জয় ওইননবগী আশাদা লালকম্‌দা লেপ্‌কদোরিবনি ॥৫৯॥ অদুগা আসমন্থু ঐ খল্লি—অকনবশিংগী জয়-পরাজয় হায়বসে লাইগী মথা পোন্‌বনি। প্রমাণদি ভীষ্মগুম্ব জগৎপু ওম্ব অকন্‌বনা ক্রৌঞ্চিক কাও তেল কমুংথক্ত য়াওন্ য়াতচুনা লৈরি ॥৬০॥

অদুগা বিকর্ণ, চিত্রসেন, বাহ্লীক, জয়দ্রথ, ভূরিশ্রবা, জয়, জলসন্ধ, সুদক্ষিণ, শল অদুগা কল্লবা রথী অথোইবা ভগদত্ত হায়রিবাশিংসিনা য়াওবা পক্ষদি লাইয়াম্‌মক্কা ঙম্মোইদৌবনি। অদুবু পাণ্ডবশিংনা লোইনা হাৎখ্রে। অদুনা, পুকচেল পীক্রবা ব্রাহ্মণ। থোদোক অসি লাইনা" মরায়বক্ত তম্‌থ্রবা"—হায়বদুনা থোক্‌হন্‌থিবা নত্তনা করিননি হায়নি? ॥৬১-৬৩॥ অদুগা ব্রাহ্মণ! নংনা কয়া, থরাই য়াওনা থাগৎলিবা য়েক্লবশিংদুগী কাণ্ডবুদসু অকন্‌বা লিশিং লিশিং লখা লখা শিথ্রবনি ॥৬৪॥ হায়গে হায়রগা পাণ্ডবশিংগা থেংনবদগী কৌরবপক্ষগী লান্মীশিংসু নোংম নোংমগী রাথরক্‌লে অস্নুয়া হায়ু ॥৬৫॥ তোল্লবা ব্রাহ্মণ! নংনা থাগৎচরিবা য়েক্লবশিং অদো, মথোয়দুগা ঐনা দুর্য্যোধনগী কান্নবগীদমক্, ঐগী লৈজবা শক্তি উত্না শোক্লগনি। জয় পরাজয়দি লাইবক্কী মথা পোন্‌বনি, লাইনা তম্বনি ॥৬৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংব সংহিতাদা দ্রোণ পর্ব্বদা ঘটোৎকচবধগী মনুংদা কর্ণকৃপাচার্য্যবিবাদগী চামকুন্থু ানিপাল ওবা অধ্যায় লোইরে।*

# শ্রীমহাভারতম্

## ঊনচত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামকুন্থরামাপল্গুবা অধ্যায়

( দুর্য্যোধননা ভাঙবা )

——(:0:)——

### সঞ্জয় উবাচ।

তথা তু তং স্থিতং দৃষ্ট্বা সূতপুত্রেণ মাতুলম্। খড়্গমুদ্যম্য বেগেন দ্রৌণিরভ্যপতদ্দ্রুতম্ ॥১॥
ততঃ পরমসংক্রুদ্ধঃ সিংহো মত্তমিব দ্বিপম্। প্রেক্ষতঃ কুরুরাজস্য সমক্ষমেনমব্রবীৎ ॥২॥

### অশ্বত্থামোবাচ।

যদর্জ্জুনগুণাংস্তথ্যান্ কীর্ত্তয়ানং নরাধম।। শূরং দ্বেষাৎ সুদুর্ব্বুদ্ধে! ত্বং ভর্ৎসয়সি মাতুলম্ ॥৩॥
বিকত্থমানঃ শৌর্য্যেণ সর্ব্বলোকধনুর্ভৃতাম্। দর্পোৎসেকগৃহীতোঽদ্য ন কঞ্চিদ্গণয়ন্ যুধে ॥৪॥
( যুগ্মকম্ )
ক্ব তে বীর্য্যং ক্ব চাস্ত্রাণি যত্ত্বাং নির্জ্জিত্য সংযুগে। গাণ্ডীবধন্বা হতবান্ প্রেক্ষতস্তে জয়দ্রথম্ ॥৫॥
যেন সাক্ষান্মহাদেবো যোধিতঃ সমরে পুরা। তমিচ্ছসি বৃথা জেতুং সূতাধম! মনোরথৈঃ ॥৬॥
যং হি কৃষ্ণেন সহিতং সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরম্। জেতুং ন শক্তাঃ সহিতাঃ সেন্দ্রা অপি সুরাসুরাঃ ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! কর্ণগী মতৌঙুম্না কৃপাচার্য্যদা থীনা চৈরকপা ঙাংলকপা মতম অসিদা অশ্বথামানা কর্ণগী নাক্তা প্রপ্রপ্ চেলশিল্লকই ॥১॥ নোংশানা মরায় কায়বা শামু অমগীনাক্ত হোঙ্চিন্নকপদ্রুগুম্না—হোঙ্চিন্নরুগা দুর্য্যোধনগী মমাঙ্ মক্তদা অশ্বথামানা কর্ণদা অসুম্না হায়রকই ॥২॥ হৈ পঙ্লবা কল্রবা! নাপম্ন লুত্তোন্ কাখিত্নুনা, কল্লি হায়না মশাবু থাগচ্চরবা নাপল্ চাউরবা নহাক্না জগত্ত লৈরিবা লীরুং পায়বা পুম্নমকসিবু নাপীগুম্ করিন্নু লৈতনা উব শান্নি। ঐগী মাম অকন্বা কৃপাচার্য্যনা অর্জ্জুনবু নমাঙদা থাগৎলি—অসি নত্রা—নংনা শাউরিবা। অদুগা মাবু চৈন্নু চৈরি। হৈ! অশ্বথামা ঐগী মাঙদা মামবু নংগুম্বনা থীনা হায়বা য়াম্মোই। নংনা হৌজিক ঙাঙথি শক্খিবদুগী মহৈ ঐনা চপ্-চানা পীগনি ॥৩-৪॥ অর্জ্জুন হায়বা অকন্বদুনা নংবু শাথিনা মায়থীবা পীদুনা নমাঙমক্তদা জয়দ্রথবু হাৎখি। মতম্দুদা নংগী নপাঙ্গল কদায়দা লোত্ত্না থম্মুই? নংগী খুৎলায়—ইন্দ্রনা পীব ককাদুনা কদায়দা লৈরুই? ॥৫॥ তোঙ্গবা সায়থিগী জাত্ত পোক্পা! মহাদেবমক্তা তয়েৎনি চুপ্প নম্নরুরবা অর্জ্জুনবু নংনা করম্না ঙমগদৌরিবনো? ॥৬॥ পূকচেল্ কল্রবা সূত! ইন্দ্রগা লোয়নরবা লাইয়াম্না, কৃষ্ণগা লোয়নবা লৈবা অর্জ্জুন মথক্তবু

লোকৈকবীরমজিতমর্জ্জুনং সূত! সংযুগে। কিং পুনঃ সসুহৃদ্ভিস্তৈ পাণ্ডবৈর্দুরাসদৈঃ ॥৮॥

(যুগ্মকম্)

কর্ণ! পশ্য সুহৃন্মধ্যে। জিহ্বৈষা নীঃ নরাধম!। এষ তেঽহং শিরঃ কায়াদুদ্ধরামি সুদুর্মতে! ॥৯॥

সঞ্জয় উবাচ।

তমুৎপতন্তং বেগেন রাজা দুর্য্যোধনঃ স্বয়ম্। ন্যবারয়ন্মহারাজ! কৃপশ্চ দ্বিপদাং বরঃ ॥১০॥

কর্ণ উবাচ।

শূরোঽয়ং সমরশ্লাঘী দুর্ম্মতিশ্চ দ্বিজাধমঃ। আসাদয়তু মদ্বীর্য্যং মুঞ্চৈনং কুরুসত্তম! ॥১১॥

অশ্বত্থামোবাচ।

তবৈতৎ ক্ষম্যতেঽস্মাভিঃ সূতাত্মজ! সুদুর্ম্মতে!। দর্পমুৎসিক্তমেতত্তে ফাল্গুনো নাশয়িষ্যতি ॥১২॥

দুর্য্যোধন উবাচ।

অশ্বত্থামন্! প্রসীদস্ব ক্ষন্তুমর্হসি মানদ!। কোপঃ খলু ন কর্ত্তব্যঃ সূতপুত্রে কথঞ্চন ॥১৩॥
ত্বয়ি কর্ণে কৃপে দ্রোণে মদ্ররাজেঽথ সৌবলে। মহৎ কার্য্যং সমায়ত্তং প্রসীদ দ্বিজসত্তম! ॥১৪॥
এতে হ্যভিমুখাঃ সর্ব্বে রাধেয়েন যুযুৎসবঃ। আয়ান্তি পাণ্ডবা ব্রহ্মন্! আহ্বয়ন্তঃ সমন্ততঃ ॥১৫॥

সঞ্জয় উবাচ

প্রসাদ্যমানস্ততো রাজ্ঞা দ্রৌণির্মহামনাঃ। প্রসসাদ মহারাজ! ক্রোধবেগসমন্বিতঃ ॥১৬॥

---

অয় তৌবা ওম্‌খিজ্রবনি। অগন্তা মাগুম অম লৈত্রবা, পোকাঁওদগী মায়পীবা কংজ্রিবা অর্জ্জুনবু নংনা কনা-কনাবু খোঙলোয় ওইনা পুন্থনা ওম্‌গদোরি ? ॥৭-৮॥ "কত্রবা! তোল্লবা! কৈ! লেপ্লু, নং ঈমাওদা! কত্রবা নঙক্ অহু ওসি লৈমায়থক্ত তাহনগে" ॥৯॥ সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ! রাহৈ থরদং হায়রগা অশ্বত্থামানা কর্ণদা কল্ হেক চোংশিল্লি। মতম অহুদা দুর্য্যোধনগা কৃপগা অনীনা পাম্বোম নাম পায়হনা অশ্বত্থামা থাম্মি—ঈম্হোকই ॥১০॥ কর্ণনা দুর্য্যোধনদা হায়রকই :—কৌরব অখোইবা! থাম্‌গন্নু, মা-থাদোকউ ? নাপল্ চাউবা ব্রাহ্মণ মচাসি ঐগী ঈতীক অমুক্তা খঙহনগে ॥১১॥ অশ্বত্থামানা হায় :—হৈ তোল্লবা জাৎ! মূর্খ! ঐ নংবু কনবিরবনি। অদুগা খিত্ত ওায়য়ে, খঙও্, অর্জ্জুননা নংগী নাপলবু নশাগা লোয়ননা থ্‌দেকখিগদোবা ॥১২॥ দুর্য্যোধননা হায় :—মীবু ঈকায়-খুম্নবা হৈবা, গুরুপুত্র! শাউবিন্নু, অমুক্ত তপথবীয়ু। ওাকপিন্নু অয়ানবা। কর্ণ হায়বসিগী মথক্ত খোইনা শাউবিগন্নু ॥১৩॥

ময়মদি অকন্‌ব নংগা, কর্ণ, কৃপ, দ্রোণ, শকুনি হায়রিবশিং নখোয়গী নথক্তা আশাপুম্বা থমহুনা ঐনা লাল অসি শোক্লবা হোৌখিবনি। অহনা ব্রাহ্মণ অংখোইবা! হয় বিয়ু, শাউবিখিন্নু ॥১৪॥ "ব্রাহ্মণ! হোৌজিক, য়েংবিয়ু, পাণ্ডবশিং অহুগা পাণ্ডবলাম্নীশিংসে কর্ণগা খেংনগে হায়হনা মায়কৈ মরিদগী কর্ণবু কোৌরকোৌরহনা শীংনহনা ফু জিল্লহ্‌লি" ! ॥১৫॥ সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ !

ততঃ কৃপ উবাচেদমাচার্য্যঃ স্ময়মানঃ। সৌম্যস্বভাবাদ্রাজেন্দ্র! কিঞ্চিদাগতমার্দবঃ ॥১৭॥

## কৃপ উবাচ।

তবৈতৎ কত্থসেহত্যর্থং সূতাত্মজ! সুদুর্মতে।। দর্পমুৎসিক্তমেতং তে ফাল্গুনো মার্গয়িষ্যতি ॥১৮॥

## সঞ্জয় উবাচ।

ততস্তে পাণ্ডবা রাজন্! পাঞ্চালাশ্চ যশস্বিনঃ। আজগ্মুঃ সহিতাঃ কর্ণং তর্জয়ন্তঃ সমন্ততঃ ॥১৯॥
কর্ণোঽপি রথিনাং শ্রেষ্ঠশ্চাপমুদ্যম্য বীর্য্যবান্। কৌরবাগ্র্যৈঃ পরিবৃতঃ শক্রো দেবগণৈরিব।
পর্য্যতিষ্ঠত তেজস্বী স্ববাহুবলমাশ্রিতঃ ॥২০॥
ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং কর্ণস্য সহ পাণ্ডবৈঃ। সংরব্ধস্য মহারাজ! সিংহনাদবিনাদিতম্ ॥২১॥
ততস্তে পাণ্ডবা রাজন্। পাঞ্চালাশ্চ যশস্বিনঃ। দৃষ্ট্বা কর্ণং মহাবাহুমুচ্চৈঃশব্দমথানদন্ ॥২২॥
অয়ং কর্ণঃ কুতঃ কর্ণস্তিষ্ঠ কর্ণ। মহারণে। যুধ্যস্ব সহিতোঽস্মাভিদুর্ম্মতে রাজন্। পুরুষাধম! ॥২৩॥
অন্যে তু দৃষ্ট্বা রাধেয়ং ক্রোধরক্তেক্ষণাব্রুবন্। হন্যতাময়মুৎসিক্তঃ সূতপুত্রোঽল্পচেতনঃ।
সর্ব্বৈঃ পার্থিবশার্দ্দূলৈর্নানেনার্থোঽস্তি জীবতা ॥২৪॥
অত্যন্তবৈরী পার্থানাং সততং পাপপুরুষঃ। এষ মূলমনর্থানাং দুর্য্যোধনমতে স্থিতঃ ॥২৫॥
হতৈনমিতি জল্পন্তঃ ক্ষত্রিয়াঃ সমুপাদ্রবন্। মহতা শরবর্ষেণ চ্ছাদয়ন্তো মহারথাঃ।
বধার্থং সূতপুত্রস্য পাণ্ডবেয়েন চোদিতাঃ ॥২৬॥

---

দুর্য্যোধননা অসুম হায়জরবদা অশ্বত্থামা অসি থর হন্থখি ॥১৬॥ অদুদগীদি কৃপাচার্য্যস্থ মহৌশানা শান্তস্বভাব ওইবনা থুনায়াওনা হন্থখিদুনা অসুম হায়রকই :—॥১৭॥ "কত্রবা কর্ণ! ঐখোয় নংবু ঙাকপিরবনি। অদুগা অর্জ্জুনদি নংবু অসুম ঙাকপিরোই। নংগী নাপলবু রৈথৎলখিগনি"। ॥১৮॥ সঞ্জয়না হায়:—মহারাজ! অদুম তৌরিডেদ পাণ্ডবলাম্মীশিং অদুগা পাঞ্চালগী অকনব লাম্মীশিংনা মায়গৈ মরিদগী কর্ণবু চৈর-চৈরদুনা ফুজিল্লকলে ॥১৯॥ রথি অপোইবা, কল্লবা, তেজ লৈরবা কর্ণনু মাগী লৌরুংদু পায়খত্তুনা, লাইয়াম্ন কোয়শিল্লবা ইন্দ্রগুম্ কৌরবলাম্মীশিংনা ঙাকশেম্না পুম্‌কোয় কোয়শিন্দুনা চপ্ লেপ্তুনা মখোয়না লাকপা ঙাইদুনা লৈথি ॥২০॥ মহারাজ! অদুদগীদি পাণ্ডবলাম্মীশিগা কর্ণগা কন্ন থেংনবা হৌখ্রে। সিংহনাদগী খোঞ্জেল্না মায়গৈ মরি পুমনিন্ নিনখ্রে ॥২১॥ নিংথৌ! পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডবলাম্মীশিং অদুগা পাঞ্চালশিংনা কর্ণবু উবদা লাউনরকই ॥২২॥ "কর্ণ! কর্ণ! কদায় চৎখ্রে কর্ণ! থোরকউ! চোংথোরকউ! কত্রবা! নাপল চাউবা! চোংথোরকউ! শোক্কসি থোরকউ ॥২৩॥ অকনবশিং অদুনা কর্ণবু উবদা অসুম হায়নরকই "অকনবা ময়াম্ন কর্ণবু লোইথোকপিয়ু। মহাক্পু অমুক্ জগৎত থম্বগী কান্নবা লৈত্রে" ॥২৪॥ দুর্য্যোধননা হায়বত ইনবা, পাণ্ডবশিংগী মাঙনবগী মরু অসে, জগৎকীসু মাঙনবগী মরুনি! ॥২৫॥ "মরম্ অদুনা, মহাকপু হাৎতোকলো!" অসুম্ হায়না লাউর-লাউরদুনা পাণ্ডবলাম্মী

তাংস্তু পর্য্যাকুলান্ দৃষ্ট্বা ধাবমানান্ মহারথান্। ন বিব্যথে সূতপুত্রো ন চ ত্রাসমগচ্ছত ॥২৭॥

দৃষ্ট্বা নগরবৎ তমুদ্ভূতং সৈন্যসাগরম্। পিতৃযুক্ত পুত্রাণাং সংগ্রামেষ্বপরাজিতঃ ॥২৮॥

সায়কোঘেন বলবান্ ক্ষিপ্রকারী মহাবলঃ। বারয়ামাস তৎ সৈন্যং সমন্তাদ্ভরতর্ষভ ॥২৯॥

(যুগ্মকম্)

ততস্তু শরবর্ষেণ পার্থিবাস্তমবারয়ন্। ধনূংষি তে বিধুন্বানাঃ শতশোঽথ সহস্রশঃ।

অযোধয়ন্ত রাধেয়ং শক্রং দৈত্যগণা ইব ॥৩০॥

শরবর্ষন্তু তৎ কর্ণঃ পার্থিবৈঃ সমুদীরিতম্। শরবর্ষেণ মহতা সমন্তাদ্ব্যকিরৎ প্রভো ! ॥৩১॥

তদ্‌যুদ্ধমভবত্তেষাং কৃতপ্রতিকৃতৈষিণাম্। যথা দেবাসুরে যুদ্ধে শক্রস্য সহ দানবৈঃ ॥৩২॥

তত্রাদ্ভুতমপশ্যাম সূতপুত্রস্য লাঘবম্। যদেনং সর্বতো যত্তা নাপ্নুবন্তি পরে যুধি ॥৩৩॥

নিবার্য্য চ শরৌঘাংস্তান্ পার্থিবানাং মহারথঃ। যুগেষ্বীষাসু ছত্রেষু ধ্বজেষু চ হয়েষু চ।

আত্মনামাঙ্কিতান বাণান্ রাধেয়ঃ প্রাহিণোচ্ছিতান্ ॥৩৪॥

ততস্তে ব্যাকুলীভূতা রাজানঃ কর্ণপীড়িতাঃ। বভ্রমুস্তত্র তত্রৈব গাবঃ শীতার্দ্দিতা ইব ॥৩৫॥

---

পূন্থা মায়কৈমগি পূন্সম্মম্ন কাপশিল্লক্ত,না কর্ণ তম্না চেলশিল্লকলে ॥২৬॥ ময়াম্ অহুনা চেলশিল্লকপন্থ উবদা কর্ণ অসি খোইদোক্না কিক্রদে-পাখত্তে ॥২৭॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা ! মশাগী মপাঙ্গল মহৌশানা লৈজবা, পুক্নিংগী অমদি থম্মোয়গী পাঙ্গনস্থ মপুংফানা লৈবা, মখুৎথুবা, খুৎলৈথুবা, লান্ কয়াদস্থ মায়থিবা কংণ্ডকৃত্রিবা, অসিগুম্বা কর্ণনা কৌরবপক্ষগী জয় ওইননবগীদমক্তা, প্যাক্ চাউরবা লান্মীমপৈ অমগা লোয়নননা চেলশিল্লকৃলিবা য়েক্লবশিং অহু তম্না কম্ন কুজিনখিহুনা মখোয়বু কম্ন থিংখি ॥২৮-২৯॥ মতম্ অদুদা পাণ্ডসলাম্মী মপৈ অদুনস্থ কর্ণবু কম্ন থিংহুনা থম্খি। মতম্ অদুদা দৈত্যশিংনা ইন্দ্রমৎন্তগা থেংনবহুগুম্না লান্মীচামচাম-লিশিং-লিশিং অহুনা মাগী মাগী খুৎলায় পায়খত্ত,না কর্ণগা কম্ন থেংনবা হৌত্রে ॥৩০॥ মহারাজ ! মতম্ অসিদা কল্লবা কর্ণনা থোয়থোয়বা তেল কাপথোয়ক্ত,না মখোয় ময়ামগী মথীং লাকৃণ্ডমৃত্রবা তেলশিং অদুবু নাকল অমদা হাইদোকহন্থি ॥৩১॥ মমাঙৈগী লাইহিংচাবগী লান্দা দৈত্যদানবশিংগ ইন্দ্রগা থেংনখিবদুগুম্না য়েক্লবগী মথক্ত লমন খুমনিংবা পাণ্ডবপক্ষগী লান্মীশিংনা কর্ণগা মুখামুখি ওইনা থেংনশ্রে ॥৩২॥ মহারাজ ! মতম্ অসিদ কর্ণগী কা-হেন্নমখুৎথুবদুস্থ ঐখোয়না উবা ফংখি। মরম্দি কর্ণনা মখুৎ থুনা কাপথোয়কৃপা তেল অদুগী চৈনা ফংবদা য়েক্লবশিং অহু কর্ণয়োমদা খুবৈ নাম হাইজিল্লকৃপা য়াদনা লৈখি ॥৩৩॥ কর্ণনা অমুক য়াম্বা য়েক্লব পক্ষগী নিথৌ-লান্মীশিংনা কাপশিল্লকপা খুৎলায়শিং অহুবু থিংহুনা থম্লগা, অমুক য়াম্বা য়েক্লবশিংদুগী রথ, রথগীমচাং, কিরাল, অমদি শগোলশিংদা অমত বাণুনা, মশাগী মমিং ইব-নপ্পা-হৃকপা তেলশিং অহুনা কয়া কয়া থাব হৌত্রে। ॥৩৪॥ কর্ণগী

হয়ানাং বধ্যমানানাং গজানাং রথিনাং তথা। তত্র তত্রাভ্যবৈক্ষাম সংঘান্ কর্ণেন তাড়িতান্ ।৩৬।
শিরোভিঃ পতিতৈ রাজন্। বাহুভিশ্চ সমন্ততঃ। আস্তীর্ণা বসুধা সর্ব্বা শূরাণামনিবর্ত্তিনাম্ ।৩৭।
হতৈশ্চ হন্যমানৈশ্চ নিষ্টনদ্ভিশ্চ সর্ব্বতঃ। বভুবায়োধনং রৌদ্রং বৈবস্বতপুরোপমম্ ।৩৮।
ততো দুর্য্যোধনো রাজা দৃষ্ট্বা কর্ণস্য বিক্রমম্। অশ্বত্থামানমাসাদ্য বাক্যমেতদুবাচ হ ।৩৯।
যুধ্যতেঽসৌ রণে কর্ণো দংশিতঃ সর্ব্বপার্থিবৈঃ। পশ্যৈতাং দ্রবতীং সেনাং কর্ণসায়কপীড়িতাম্।
কার্ত্তিকেয়েন বিধ্বস্তামাসুরীং পৃতনামিব ।৪০।
দৃষ্ট্বৈতাং নির্জ্জিতাং সেনাং রণে কর্ণেন পীড়িতাম্। অভিযাত্যেষ বীভৎসুঃ সূতপুত্রজিঘাংসয়া ।৪১।
তদ্‌যথা প্রেক্ষমাণানাং সূতপুত্রং মহারথম্। ন হন্যাৎ পাণ্ডবঃ সংখ্যে তথা নীতির্বিধীয়তাম্ ।৪২।
ততো দ্রৌণিঃ কৃপঃ শল্যো হার্দ্দিক্যশ্চ মহারথঃ। প্রত্যুদ্‌যযুস্তদা পার্থং সূতপুত্রপরীপ্সয়া ।৪৩।
আয়ান্তং বীক্ষ্য কৌন্তেয়ং শক্রং দৈত্যচমূমিব। প্রত্যুদ্‌যযৌ তদা কর্ণো যথা বৃত্রঃ শতক্রতুম্ ।৪৪।

---

তেলগী চৈনা কংবদা পাণ্ডব পক্ষগী অহুক য়াম্বা অকনবা লাম্নীশিং অহ নোংময়রক্ত নিংথম চন্দুনা থক্ থক্ নীক্লবা শম্বী অমমম্গী মতৌগুমথ্রে মানামানা লৈরিবা মকম অহুদা কোয়রৈ লৈহুনা লৈখ্রে ॥৩৫॥

অমুক করি উথিবগে হায়ববু কর্ণনা মকম্ পূম্বদা কোয়ৌ য়ৌনা থুংঙ্ থুংঙ্বা মকমদা লৈরম্বা শগোল শামু রথী খোঙমী কয়া কয়াবু নৈহৎপা হৌরকলে ॥৩৬॥ মহারাজ! কর্ণনা কক্‌শিল্লকপা খোঙ খুৎ কোক্ মক্তনা লালকম্ অহু খোঙথাকম্ লৈখিত্রে ॥৩৭॥ কর্ণগী য়েক্লব লাম্নীশিং অহুনা কর্ণগী তেম্না পানবদা খাঙ্‌ব ঙম্‌দহুনা শিঙম্ নাঙম্‌দনা লাউনরকপা খোক্লেলশিং অহুনা পূমনিন নিনথ্রবা লালকম্ অহু, অকিবগী মশক ওইরবা তম্‌থিরবা, যমপুরগী মশক ওইথ্রে ॥৩৮॥ কর্ণগী পাঙ্গল অমদি মথৌনাহু উবদা দুর্য্যোধননা অশ্বত্থামাগী নাক্ত চৎখিহুনা অস্নয়া হায়রকই ॥৩৯॥ "গুরুপুত্র! লান্দা মপূংফানা শেম্‌শারবা, কল্লবা কর্ণনা য়েক্লব লাম্নীশিংনা কয়া থেংনথ্রে। য়েংবিয়ু গুরুপুত্র! লাইগী সেনাপতি কার্ত্তিককী তেম্না পানবদা হিংচাবা ময়াম্না কায়হুনা চেন্‌বহুগুম্না কর্ণগী তেম্না পানবদা চৈনা খাঙবা ঙমত্রবা পাণ্ডব লাম্নীশিং অসি কায়হুনা চেন্নরে" ॥৪০॥ "পাণ্ডব লাম্নীশিংনা কায়নহুনা চেন্‌বসি উবদা অর্জ্জুননা কর্ণবু হাৎলগে খন্দুনা মঙোল্লোম্‌দা প্রপ্রপ চেনশিল্লকই" ॥৪১॥ অহুনা গুরুপুত্র! অর্জ্জুননা কর্ণবু হাৎখিদনবসি ময়ায়া থুনা য়াঙনা তৌবিয়ু ॥৪২॥ দুর্য্যোধনগী রা তাবদা অশ্বত্থামা, কৃপ, শল্য অহুগা মহা-রথী কৃতবর্ম্মা মখোয় অসি কর্ণবু কনগে হায়বগীদমক্ অর্জ্জুন তম্না চঙ্‌শিল্লকই ॥৪৩॥ ইন্দ্রনা দৈত্যদানবশিংগী মায়গৈদা চঙশিল্লকপগুম্না অর্জ্জুননা কৌরব লাম্নীশিংগী মায়গৈদা চঙশিল্লকপহ

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

সংরব্ধং ফাল্গুনং দৃষ্ট্বা কালান্তকযমোপমম্। কর্ণো বৈকর্ত্তনঃ সূত ! প্রত্যপদ্যৎ কিমুত্তরম্ ॥৪৫॥
স হ্যস্পর্দ্ধত পার্থেন নিত্যমেব মহারথঃ। আশংসতে চ বীভৎসুং যুদ্ধে জেতুং সুদারুণে ॥৪৬॥
স তু তং সহসা প্রাপ্তং নিত্যমত্যন্তবৈরিণম্। কর্ণো বৈকর্ত্তনঃ সূত! কিমুত্তরমপদ্যত ॥৪৭॥

## সঞ্জয় উবাচ।

আয়ান্তং পাণ্ডবং দৃষ্ট্বা গজং প্রতি গজো যথা। অসংভ্রান্ততরঃ কর্ণঃ প্রত্যুদীয়াদ্ধনঞ্জয়ম্ ॥৪৮॥
তমাপতন্তং বেগেন বৈকর্ত্তনমজিহ্মগৈঃ। বারয়ামাস তেজস্বী পাণ্ডবঃ শত্রুতাপনঃ ॥৪৯॥
তং কর্ণঃ শরজালেন চ্ছাদয়ামাস ভারত ! । বিব্যাধ চ সুসংক্রুদ্ধঃ শরৈস্ত্রিভিরজিহ্মগৈঃ ॥৫০॥
তস্য তল্লাঘবং পার্থো নামৃষ্যত মহাবলঃ। তস্মৈ বাণান্ শিলাধৌতান্ প্রসন্নাগ্রানজিহ্মগান্।
প্রাহিণোৎ সূতপুত্রায় ত্রিংশতং শত্রুতাপনঃ ॥৫১॥
বিব্যাধ চৈনং সংরব্ধো বাণেনৈকেন বীর্য্যবান্। সব্যে ভুজাগ্রে বলবান্ নারাচেন হসন্নিব ॥৫২॥
তস্য বিদ্ধস্য বেগেন করাচ্চাপং পপাত হ। পুনরাদায় তচ্চাপং নিমেষার্দ্ধান্মহাবলঃ।
ছাদয়ামাস বাণৌঘৈঃ ফাল্গুনং কৃতহস্তবৎ ॥৫৩॥

---

উবদা বৃত্রাসুরনা ইন্দ্ররোমদা চঙশিল্লকপগুম্ কর্ণনা অর্জ্জুন লোমদা চঙশিল্লকই ॥৪৪॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায় :—সঞ্জয় ! সূর্য্যনন্দন, কর্ণনা যমগী মতৌগুম চঙশিল্লক্রবা অর্জ্জুননা লাকপা উবদা করি কম্‌দৌখি ? ॥৪৫॥

মহারথী কর্ণ হায়বসি নুমিৎ চুপ্পা অর্জ্জুনতগা শীংনদুনা লৈরিবনি। লাঞ্জাও অমদা অর্জ্জুনবু অমুক্তং জয়তৌগে হাৎকে হায়নস্থ মহৌশাদগী আশা তৌদুনা লৈরিবনি ॥৪৬॥ সঞ্জয়! করম্বা মতমদা অমুক্তং মুখামুখি ওইনা থেংনগদগে হায়না খন্দুনা লৈরিবা সূর্য্যদেবগী মচা কর্ণনা অর্জ্জুনবু উবদুদা থুনা য়াওনা করি থবক্ তৌখি—লীয় ॥৪৭॥ সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ! অর্জ্জুন লাকপা হেক উবদুদা কর্ণ অসি শামু অমনা শামান্নবা ময়ায় কারবা শামু অমদা হোৎচিনখিবদুগুম্না কর্ণনা অর্জ্জুনলোমদা চঙশিনখি ॥৪৮॥ কর্ণনা চঙশিল্লকপসি উবদা কন্নবা, য়েক্রবঙম্‌গনবা, তেজ লৈরবা অর্জ্জুননা তেল মনম্-মনম্ কাপশিল্লকতুনা কর্ণবু হেক্সিনব য়াদনা থিংখুনা থম্‌খি ॥৪৯॥ মতম অদুদা থোইদোক্না শাউখ্রবা কর্ণ অসি তেল মপে অমগী লাংনা অর্জ্জুনবু কুপশিন্দুনা ৩ম্নগা থোরবা তেল অহুম্না অর্জ্জুনদা কন্না থাখি ॥৫০॥ কর্ণগী মখুৎ থুবদু উবদা অর্জ্জুন অসি নুংঙাইতবনা লৈবা ঙম্মকত্রে। মহাক্না, থোরবা চুম্‌দ্রিং চুম্নবা, তেল বুন্থ্রা শৎতুনা কর্ণদা কন্না থাখি ॥৫১॥ থম্মোয় হকচাং অনীমক্তা চপ মান্নবা কন্নবা শাউরবা অর্জ্জুননা তেল অমনা কর্ণদা কন্না থারগা, অমুকস্থ নোক নোক্না অতোপ্পা য়েৎতুম মচীন শাবা তেল অমনা কর্ণগী ওয়থংবা পাম্বোম্ মরুদা কন্না থাখি ॥৫২॥ অর্জ্জুনগী তেন্না কন্না

শরবৃষ্টিস্তু তাং মুক্তাং সূতপুত্রেণ ভারত! । ব্যধমদ্বাণবর্ষেণ স্মরন্নিব ধনঞ্জয়ঃ ॥৫৪॥
তৌ পরস্পরমাসাদ্য শরবর্ষেণ পার্থিব! । ছাদয়েতাং মহেষ্বাসৌ কৃতপ্রতিকৃতৈষিণৌ ॥৫৫॥
তদদ্ভুতমভূদ্যুদ্ধং কর্ণপাণ্ডবয়োর্মৃধে । ক্রুদ্ধয়োর্বাশিতাহেতোর্বন্যয়োর্গজয়োরিব ॥৫৬॥
ততঃ পার্থো মহেষ্বাসো দৃষ্ট্বা কর্ণস্য বিক্রমম্ । মুষ্টিদেশে ধনুস্তস্য চিচ্ছেদ ত্বরয়ান্বিতঃ ॥৫৭॥
অশ্বাংশ্চ চতুরো ভল্লৈরনয়দ্যমসাদনম্ । সারথেশ্চ শিরঃ কায়াদহরচ্ছত্রুতাপনঃ ॥৫৮॥
অথৈনং ছিন্নধন্বানং হতাশ্বং হতসারথিম্ । বিব্যাধ সায়কৈঃ পার্থশ্চতুর্ভিঃ পাণ্ডুনন্দনঃ ॥৫৯॥
হতাশ্বাত্তু রথাত্তূর্ণমবপ্লুত্য নরর্ষভঃ । আরুরোহ রথং তূর্ণং কৃপস্য শরপীড়িতঃ ॥৬০॥
রাধেয়ং নির্জিতং দৃষ্ট্বা তাবকা ভরতর্ষভ! । ধনঞ্জয়শরৈর্ভগ্নাঃ প্রাদ্রবন্ত দিশো দশ ॥৬১॥
দ্রবতস্তান্ সমালোক্য রাজা দুর্য্যোধনো নৃপ! । নিবর্ত্তয়ামাস তদা বাক্যঞ্চেদমুবাচ হ ॥৬২॥
অলং দ্রুতেন বঃ শূরাস্তিষ্ঠধ্বং ক্ষত্রিয়র্ষভাঃ! । এষ পার্থবধায়াহং স্বয়ং গচ্ছামি সংযুগে ।
অহং পার্থান্ হনিষ্যামি সপাঞ্চালান্ সসোমকান্ ॥৬৩॥

---

পানমনখিবহুদা, ওহ থংবা খুংনা পাহনবা লৈরু অহু খুত্তগী নাহোকহুনা লাপুরা তাই। অহুনগী, কহনবা কর্ণনা অতোপ্পা লৈরু অমা থংপায় পাহথংহুনা, ইন্দ্রজাল (মিত্র) হৈব অমনা তোবগুম্বা মখুৎ থুনা কাপমনবদগী তেলগী লাং অমা ওইখিহুনা অর্জ্জুনবু লাং অহুদা খুহনখ্রে ॥৫৩॥ ভরত-নন্দন! মহারাজ! মতম অহুদা অর্জ্জুননা নোরু নোরু তেল লাং অহুবু খুদক্ক কহখৎলগা অতৈ কাপলকপ তেল পুম্নমক্পুম্ থিংহুনা থমখি ॥৫৪॥ মহারাজ! মতৌ অগুম্ তৌনা কহনবা হৈরবা অনী অসি অমনা অমদা তেল্তনা নোং চুবগুম্ হৈথনহকলে ॥৫৫॥ অহুগী তুংদা থহুনাক্লবী শামু অমোম্ অনবু মুন্নবদগী মহাম্ন কাহবা শামু অনীনা হাখিমহকপগুম্না কর্ণ অর্জ্জুন অনীসি অতকপা অকিবা তুজুংবা পোক্না শোক্নমকলে ॥৫৬॥ অচৌবা লৈরুং পাহবা, কহ্নোহবা হৈরবা অর্জ্জুননা কর্ণগী মথৌনাহু উবদা খুনা হাগুনা খুৎলৈ থুনা কাপশিল্লকহুনা কর্ণগী লৈরুং অহুবু খুহুম মথক্ত থবৎ ককথৎখি ॥৫৭॥

য়েক্লব গুৎথা অর্জ্জুননা তামচীন শাবা তেল মরীনা কর্ণগী শগোল মরিবু হাত্তোকখি। অহুগা তেল অমনা কর্ণগী সারথিগী মগুক্ অম্ন মাগী হকচাংদগী তোগাল্ তাহনখি ॥৫৮॥ লৈরুং হাওহ্রবা, সারথি হাৎথ্রবা, রথ হাওহ্রবগুম্বা কর্ণদা অর্জ্জুননা তেল অহুম্না কহ থাখি ॥৫৯॥ মতম অসিদা নিপা অথোইবা কর্ণাসি অর্জ্জুনগী তেল্ন কহ পান্মনখিহুনা, চৈনাহু থাগবা গুমদহুনা মাগী শগোল হাওহ্রবা রথ অহুদগী কল্ হেক্ চোংথহুনা কৃপাচার্য্যগী রথ মথক্ত চোংখৎখি ॥৬০॥ মহারাজ! মতম অসিদা অর্জ্জুনগী তেল্না, মশামউ লোইনা শিংগপ শাহবা, ঈনা পুমতৈ-তৈরবা মায়থীহবা কর্ণগী অবস্থাহু উবদা কৌরব লাম্মী পুম্বা কায়হুনা চেহরে ॥৬১॥ মহারাজ! কৌরব লাম্মীশিংনা কায়হুনা চেহবহু উবদা, মথোহবু খামজিন্নগে কৌশিনগে হায়হুনা দুর্য্যোধননা মথোহদা অসুম্না লাউহকই :—॥৬২॥ ক্ষত্রিয় অকন্নবশা! তপ্ থবিয়, চেনবিগনু। ঐ ঈশামক্ অর্জ্জুনবু

অদ্য যে যুধ্যমানস্য সহ গাণ্ডীবধন্বনা । দ্রক্ষ্যন্তি বিক্রমং পার্থাঃ কালস্যেব যুগক্ষয়ে ॥৬৪॥
অদ্য মদ্বাণজালানি বিমুক্তানি সহস্রশঃ । দ্রক্ষ্যন্তি সমরে যোধাঃ শলভানামিবায়তীঃ ॥৬৫॥
অদ্য বাণময়ং বর্ষং সৃজতো মম ধন্বিনঃ । জীমূতস্যেব ঘর্ম্মান্তে দ্রক্ষ্যন্তি যুধি সৈনিকাঃ ॥৬৬॥
জেতাস্ম্যদ্য রণে পার্থং সায়কৈর্নতপর্ব্বভিঃ । তিষ্ঠধ্বং সমরে শূরা ভয়ং ত্যজত ফাল্গুনাৎ ॥৬৭॥
নহি মদ্বীর্য্যমাসাদ্য ফাল্গুনঃ প্রসহিষ্যতি । যথা বেলাং সমাসাদ্য সাগরো মকরালয়ঃ ॥৬৮॥
ইত্যুক্ত্বা প্রযযৌ রাজা সৈন্যেন মহতাবৃতঃ । ফাল্গুনং প্রতি দুর্দ্ধর্ষঃ ক্রোধাৎ সংরক্তলোচনঃ ॥৬৯॥
তং প্রয়ান্তং মহাবাহুং দৃষ্ট্বা শারদ্বতস্তদা । অশ্বত্থামানমাসাদ্য বাক্যমেতদুবাচ হ ॥৭০॥
এষ রাজা মহাবাহুরমর্ষী ক্রোধমূর্চ্ছিতঃ । পতঙ্গবৃত্তিমাস্থায় ফাল্গুনং যোদ্ধুমিচ্ছতি ॥৭১॥
যাবন্নঃ পশ্যমানানবং প্রাণান্ পার্থেন সঙ্গতঃ । ন জহ্যাৎ পুরুষব্যাঘ্রস্তাবদ্বারয় কৌরবম্ ॥৭২॥
যাবৎ ফাল্গুনবাণানাং গোচরং নাধিগচ্ছতি । কৌরবঃ পার্থিবো বীরস্তাবদ্বারয় সংযুগাৎ ॥৭৩॥

---

ময়ামগী মাঙ মক্তদা মথরাই লোগে। ঐ ঙসি পাঞ্চালশিংবু, সোমকশিংবু অহুগ। পাণ্ডবশিংবুসু লোইনা হাৎকনি ॥৬৩॥ ঐনা অর্জ্জুনগা থেংনবা মতমসিদা, পাণ্ডবশিং অহুগা পাণ্ডবলান্মীশিংনা, প্রলয়গী মতমদা পুথোক্পা রুদ্রগী মূর্ত্তি অমদি শক্তিগুম্বা ঐগী পরাক্রমবু মমীৎ থীৎনা উবা কংগনি ॥৬৪॥ ঙসি, লান্মী পূন্নমক্না ঐনা কাপ্থোরক্পা, নোংমদোন কূপ্লবা, তেলগী মপৈ-মপৈবু উবা কংগনি ॥৬৫॥ ওলাংথা লোইরবা ভুংদা বর্ষাগী নোং মরী-মরীনা চুথবগুম্না চুথরক্পা ঐগী মশীং লাকৃডমত্রবা তেল মপৈবু পক্ষ অনীগী লান্মীশিংনা উবকংগনি ॥৬৬॥ ঙসি ঐগী থৌর-থৌরবা তেল্তনা অর্জ্জুনবু মায়থীবা পীগনি হাৎকনি। অহুনা অকনবশা! ময়াম্ চেনবিগনু, ঐ লৈরি, অর্জ্জুনবু কিবিগনু ॥৬৭॥ সমুদ্রগী ঈথক্না হায়গৎলক্পদা চাংজো তোর্বায়া ঙাকথোকপগুম্ অর্জ্জুন অসিনা চঙশিল্লকপদ ঐগী শক্তিবু খাঙবা ঙমদ্রনা ঐগী মাঙ হেক য়োৎবদা অদুম্ চেঞ্জপ্রগদবনি ॥৬৮॥ অসুম্ হায়না থামজিন থামজিন্না, লাউন-লাউনা, শাউবনা মমীত্ত ঈ কারবা দুর্য্যোধন অসি কৌরব লান্মী মপৈ অমনা পূম্কোয় কোয়শিন্দুনা অর্জ্জুন তম্না চঙশিন্খি ॥৬৯॥ দুর্য্যোধননা অর্জ্জুনলোম্দা নীওঙাইবা লৈতনা চঙশিনখিবসি উবদা কৃপাচার্য্যনা অশ্বত্থামাদা অসুম্ হায়খি :—॥৭০॥

য়েঙ্, অশ্বত্থামা! দুর্য্যোধন হায়বসে শাউখিব সুংঙাইতবনা লৈকম্ চাকম্ খঙখিদনুনা মমীৎ ঈ-কাথিদুনা, মৈরান্বীনা থৌনা ফনা মৈরীদা হোচ্চিন্খিবগুম্ অর্জ্জুন লোমদা চঙশিনগ্রে! ॥৭১॥ অদুনা, মাসি মথ্বাই থাত্রিঙৈদা অহুগা ঐখোয় লৈনা-লৈনা ঐখোয়গী মাঙ মক্তদা অর্জ্জুনগী মথুঙ্গা লাঙ্গাও অসিদা মপুনসি লৌত্রিঙৈদা, অশ্বত্থামা! নহাক্ অমুক্ক মাবু থিংহো-থাম্হো ॥৭২॥ কুরুবংশগী নিংথৌ ওইরিব দুর্য্যোধন হায়বসিনা অর্জ্জুনগী নাক্ য়ৌত্রিঙৈদা অশ্বত্থামা নংনা

যাবৎ পার্থশরৈর্ঘোরৈর্নির্মুক্তোরগসন্নিভৈঃ। ন ভস্মীক্রিয়তে রাজা তাবদ্যুদ্ধান্নিবার্য্যতাম্ ॥৭৪॥
অযুক্তমিব পশ্যামি তিষ্ঠৎস্বস্মাসু মানদ। স্বয়ং যুদ্ধায় যদ্রাজা পার্থং যাত্যসহায়বান্ ॥৭৫॥
দুর্লভং জীবিতং মন্যে কৌরবস্য কিরীটিনা। যুধ্যমানস্য পার্থেন শার্দ্দূলেনেব হস্তিনঃ ॥৭৬॥
মাতুলেনৈবমুক্তস্তু দ্রৌণিঃ শস্ত্রভৃতাং বরঃ। দুর্য্যোধনমিদং বাক্যং ত্বরিতঃ সমভাষত ॥৭৭॥
ময়ি জীবতি গান্ধারে। ন যুদ্ধং গন্তুমর্হসি। মামনাদৃত্য কৌরব্য! তব নিত্যং হিতৈষিণম্ ॥৭৮॥
নহি তে সম্ভ্রমঃ কার্য্যঃ পার্থস্য বিজয়ং প্রতি। অহমাবারয়িষ্যামি পার্থং তিষ্ঠ সুযোধন। ॥৭৯॥

## দুর্য্যোধন উবাচ।

আচার্য্যঃ পাণ্ডুপুত্রান্ বৈ পুত্রবৎ পরিরক্ষতি। ত্বমপ্যুপেক্ষাং কুরুষে তেষু নিত্যং দ্বিজোত্তম। ॥৮০॥
মম বা মন্দভাগ্যত্বান্মন্দস্তে বিক্রমো যুধি। ধর্ম্মরাজপ্রিয়ার্থং বা দ্রৌপদ্যা বা ন বিদ্ম তৎ ॥৮১॥
ধিগস্তু মম লুব্ধস্য যৎ কৃতে সর্ব্ববান্ধবাঃ। সুখার্হাঃ পরমং দুঃখং প্রাপ্নুবন্ত্যপরাজিতাঃ ॥৮২॥
কো হি শস্ত্রবিদাং মুখ্যো মহেশ্বরসমো যুধি। শত্রূনুপেক্ষতে শক্তো যো ন স্যাদ্গৌতমীসুতঃ ॥৮৩॥

---

অমুক্ত খাম্হৌ ॥৭৩॥ মকু হুরবা লিলগুম্ব, চুম্ব্রিং চুম্লবা, থৌরবা শৃৎ-নাল্লবা, তেল মপৈ-মপৈনা অর্জ্জুনগী মখা পোলহল্লিভৈসিদা অশ্বত্থামা নংনা মহাকৃপু খাম্হৌ ॥৭৪॥ ঈবুঙো। অশ্বত্থামা! নং-ঐ লৈন-লৈনা দুর্য্যোধননা কনাস্ন কনাস্ন লৈত্রবগুম্ন, অর্জ্জুন তম্ম চঙশিনখিবসে চুম্দবা অমনি হায়না খল্লি, অহুনা অশ্বত্থামা! মাবু থিংহৌ ॥৭৫॥ "কৈগা শামুগা থেংনবগুম, নোংশাগা শামুগা থেংনবগুম্ অর্জ্জুনগা দুর্য্যোধনগা থেংনখ্রবদি দুর্য্যোধন অসি হিংবা য়ারনি হায়না খল্লি" ॥৭৬॥ মাগী মাম কৃপাচার্য্যনা অসুম্না হায়রবসিদা অশ্বত্থামানা প্রপ্রপ চেনখৎখিহুনা দুর্য্যোধনদা হায়রুই— ॥৭৭॥ "অমুক্ত তাবিখো কুরুনন্দন! দুর্য্যোধন! ঙহাক্ত ঙাইবিখো। ঐনা হিংহুনা লৈরিভৈদা নিংথো নহাক্ নশানা অর্জ্জুনগী মকম্দা চঙবা তৌনদে। নহাকী ক্ননবত খন্দুনা লৈরিবা ঐবু থাদোক্লমহুনা নিংথো নথস্ত চঙখিব চুমদে ॥৭৮॥ "মহারাজ! অর্জ্জুনবু থিংবগী মরমদা থক্ চিংনবিগনু। থোইনা পাখৎপিখিনু। ঐনা মাবু থিংগনি" ॥৭৯॥ অশ্বত্থামানা অসুম্না হায়রক্রবদা দুর্য্যোধননা হায়:—"ব্রাহ্মণ অথোইবা! নপাবুং গুরুদ্রোণনা পাণ্ডবশিংবু মচাত মচাগুম্ নুংশিবিবা, ঐখোয়বুদি থোঙইবিদবহুগুম্না, গুরুপুত্র খোয়নসু ঐখোয়বু থোঙইনা তৌবিদে। মাসিগী দমক পুক্রীং নুংশিজে ॥৮০॥ ঐগী লাইবক ফত্তবদগীরা খঙদ্রে, অকনব নখোয়গী শক্তি, নপাঙ্গল, নথোনাসু লোইনা মূৎখ্রে। নত্রে হায়রগা যুধিষ্ঠিরবু-দ্রৌপদীবু হেন্ন নুংশিবিক্রুবদগী অকনবশিং নখোয়গী পাঙ্গল থোনানচিংবহু য়াম্না য়াংনা শীজিন্নবিবনরা করিনো—খঙদ্রে ॥৮১॥ গুরুপুত্র! ব্রাহ্মণ! ঐদি মহাপাপী লৈপাক পাম্ব নিপানিনা ঐনা ঐগী পুনশিবু ধিক্কার তৌরি। ঐগী হাক্তকগী মমা পোকভৈগী অন্না-অনা ফংদ্রিবা নিংথো লান্মীশিং কয়ানা অরাব চৈনা ফংহুনা লৈরি ॥৮২॥ কল্লবা দ্রোণগী কল্লবা মচা; গৌতমীনন্দন অশ্বত্থামা নত্তনা, মহাদেবগুম্ কল্লবা মহাদেবগী শক্তি পুয়বা, ঐগী পক্ষদা য়াওবা করম্বা অকনবনা য়েক্লববু থোঙইখিদবগে? ॥৮৩॥

অশ্বত্থামন্! প্রসীদস্ব নাশয়ৈতান্ মমাহিতান্। ত্বদাস্ত্রগোচরে শক্তাঃ স্থাতুং দেবাপি নানঘ! ॥৮৪॥
পাঞ্চালান্ সোমকাংশ্চৈব জহি দ্রৌণে! সহানুগান্। বয়ং শেষান্ হনিষ্যামস্ত্বয়ৈব পরিরক্ষিতাঃ ॥৮৫॥
এতে হি সোমকা বিপ্র! পাঞ্চালাশ্চ যশস্বিনঃ। মম সৈন্যেষু সংক্রুদ্ধা বিচরন্তি দবাগ্নিবৎ ॥৮৬॥
তান্ বারয় মহাবাহো! কেকয়াংশ্চ নরোত্তম!। পুরা কুর্ব্বন্তি নিঃশেষং রক্ষ্যমাণাঃ কিরীটিনা ॥৮৭॥
অশ্বত্থামংস্ত্বরাযুক্তো যাহি শীঘ্রমরিন্দম!। আদৌ বা যদি বা পশ্চাত্তবেদং কর্ম্ম মারিষ ॥৮৮॥
ত্বমুৎপন্নো মহাবাহো! পাঞ্চানাং বধং প্রতি। করিষ্যসি জগৎ সর্ব্বমপাঞ্চালং কিলাচ্যুত! ॥৮৯॥
এবং সিদ্ধাব্রুবন্ বাচো ভবিষ্যতি চ তত্তথা। তস্মাত্বং পুরুষব্যাঘ্র! পাঞ্চালান্ জহি সানুগান্ ॥৯০॥
ন তেঽস্ত্রগোচরে শক্তাঃ স্থাতুং দেবাঃ সবাসবাঃ। কিমু পার্থাঃ সপাঞ্চালাঃ সত্যমেতদ্ব্রবীমি তে ॥৯১॥
ন ত্বাং সমর্থাঃ সংগ্রামে পাণ্ডবাঃ সহ সোমকৈঃ। বলাদ্যোধয়িতুং বীর! সত্যমেতদ্ব্রবীমি তে ॥৯২॥
গচ্ছ গচ্ছ মহাবাহো! ন নঃ কালাত্যয়ো ভবেৎ। ইয়ং হি দ্রবতে সেনা পার্থসায়কপীড়িতা ॥৯৩॥

---

পাপচেন্দ্রবা, গুরুপুত্র! চান্‌বিয়্, য়েক্লববু মাঙহনবিয়ু। লাইয়াম ফাওবা অকনবা নহাকী নমাঙদা লেপ্প ঙম্মোই ॥৮৪॥ দ্রোণনন্দন! লাম্মী মপৈ অম পুদুনা, অকন্‌বা নংনা পাঞ্চাল অমদি সোমকশিংবু লোইখোকপিয়্। ঐখোয়বু অমুক্ত কনবিয়্। অকন্‌বা নহাকনা ঐখোয়বু ঙাকশেন্দুনা লৈরিঙৈসিদা ঐখোয়স্নু য়েক্লবশিংবু হাৎননবা তৌজগে ॥৮৫॥ ব্রাহ্মণ! য়েংবিয়ু, পাঞ্চালশিং সোমকশিং অসিনা ঐখোয়গী লাম্মী তেঙ্গোল মরক্ত চঙশিল্লক্কৃনা মৈঙুম চাক্‌শিল্লক্লি। ॥৮৬॥ মরম অদুনা অকনবা! কেকয়শিংবু অদুগা সোমক পাঞ্চালশিং অসিবু অমুক্ত থিংবিয়ু। মরমদি মখোয়সে অর্জ্জুননা ঙাক্‌লো ওইদুনা থুনা য়াঙনা চঙশিল্লকদৌরি। মতম্ অদুদা মখোয়সিনা ঐখোয়গী লাম্মী পূম্নমকপু তুম্ন হাৎখিগদৌরি ॥৮৭॥ মরম অদুনা য়েক্লব ঙম্বা গুরুপুত্র! অকনবা নহাক্না ঐগী লাম্মী তেঙ্গোল অসিগী খ্বাইগী মাঙ থানা লৈবিগেরা, নত্রগা খ্বাইগী তুংদ লৈদুনা ঙাকশেনবিগেরা—অম তৌবিরো ॥৮৮॥ অকনবা! অকনবা নহাক্না পোকপদি পাঞ্চালশিংবু মাঙহনননবগী দমক্তনি। অদুনা অকনবা! জগত্তা পাঞ্চালশিংগী ধারা অসে লৈহনবিয়গনু ॥৯০॥ ঐ থাংগৈশেংনা হায়বা ঙম্মি—লাইয়াম ফাওবা অকনবা গুরুপুত্রগী মাঙদা খাঙবা ঙমগদবা নত্তে। ইন্দ্রগা লোয়ননা মখোয়না গুরুপুত্রগী মাঙদা খুবৈ নামা কান-শিল্লকপা ঙমগদবা নত্তে। পাঞ্চালশিং পাণ্ডবশিংগীদি অমুক করি হায়গনি? ॥৯১॥ অকনবা সোমকশিংগা লোয়নরবস্নু পাণ্ডবশিংনা অকনবা নহাক্না মুখামুখি ওইনা পানবা ঙম্মোই। মাসিমদি, ঐ থাংগৈশেংনা খঙজরবনি ॥৯২॥ অকনবা! মতম অসি নাম্থোক্‌খিগদৌরে। থুনা য়াঙনা অমুক্ত চঙশিনবিয়ু। নত্রবদি অর্জ্জুনগী তেন্ন পানবদা ঐগী লাম্মীশিং অসি খাম্বা ঙমহৌরোইদৌরি ॥৯৩॥

শক্তো যদি মহাবাহো ! দিব্যেন স্বেন তেজসা । নিগ্রহে পাণ্ডুপুত্রাণাং পাঞ্চালানাঞ্চ মানদ ! ।১৪।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে দুর্য্যোধনবাক্যে উনচত্বারিংশদধিক-
শততমোঽধ্যায়: ।০। *

——:0:——

ঈকায়খুম্নকম্ খোজ্জদা ঈকায়খুম্নবিব হৈবা, অকনবা ! নহাক্কী মী অমগী মকমদা লৈজ্জব বিজ্ঞা অমদি শক্তি পুখোকপিদুনা নহাক্কনা পাণ্ডবশিংবু অমুগা পাঞ্চালশিংবু জয় তৌবিগ-দৌবনি ॥১৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা ঘটোৎকচবধকী মমুংদা দুর্য্যোধনবাক্যগী চামকুম্ন্ত্রামাপলশুবা অধ্যায় লোইরে ॥×॥

——

# শ্রীমহাভারতম্

## চত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চামানিফুশুবা অধ্যায়

( অশ্বত্থামানা লাঞ্জংবা )

সঞ্জয় উবাচ ।

দুর্য্যোধনেনৈবমুক্তো দ্রৌণিরাহবদুর্ম্মদ: । প্রত্যুবাচ মহাবাহুস্তব পুত্রমিদং বচ: ।১।

সত্যমেতন্মহাবাহো ! যথা বদসি কৌরব ! । প্রিয়া হি পাণ্ডবা নিত্যং মম চাপি পিতুশ্চ মে ।২।

তথৈবাবাং প্রিয়ৌ তেষাং ন তু যুদ্ধে কুরূদ্বহ ! । শক্তিতস্তাত ! যুধ্যাবস্ত্যক্ত্বা প্রাণানভীতবৎ ।৩।

সঞ্জয়না হায়্ রি :—মহারাজ ! দুর্য্যোধনগী রা তাবদা লান্দা লাকওম্ ফাওমঞবা অশ্বত্থা-মানা অস্মুম্না হায়রকই :—॥১॥ "অকনবা কুরুরাজ ! হায়বিরিবদো অচুম্বমক্তনি । পাণ্ডবশিংসে ঐগী অমুগা পাবুং দ্রোণাচার্য্যগী নুংশিরবা কান্নবা মীশকমক্তনি ॥২॥ অদুবু ঐখোয় মশেল্ নুংশিনরিবসে, লালকম্দদি নত্তে । কুরুবংশগী অখোইবা, নিংথৌ ! লালকমদদি থরাই কাওবা

অহং কর্ণশ্চ শল্যশ্চ কৃপো হার্দ্দিক্য এব চ। নিষেধাম পাণ্ডবীং সেনাং ক্ষপয়েম নৃপোত্তম! ॥৪॥
তে চাপি কৌরবীং সেনাং নিষেধার্দ্ধাৎ কুরূদ্বহ!। ক্ষপয়েয়ুর্মহাবাহো! ন স্যাম যদি সংযুগে ॥৫॥
যুধ্যতাং পাণ্ডবান্ শক্ত্যা তেষাঞ্চাস্মান্ যুযুৎসতাম্। তেজস্তেজঃ সমাসাদ্য প্রশমং যাতি ভারত! ॥৬॥
অশক্যা তরসা জেতুং পাণ্ডবানামনীকিনী। জীবৎসু পাণ্ডুপুত্রেষু তদ্ধি সত্যং ব্রবীমি তে ॥৭॥
আত্মার্থং যুধ্যমানাস্তে সমর্থাঃ পাণ্ডুনন্দনাঃ। কিমর্থং তব সৈন্যানি ন হনিষ্যন্তি ভারত! ॥৮॥
ত্বন্তু লুব্ধতমো রাজন্! নিকৃতিজ্ঞশ্চ কৌরব!। সর্ব্বাভিশঙ্কী মানী চ ততোঽস্মান্ প্রতি শঙ্কসে ॥৯॥
অহন্তু যত্নমাস্থায় ত্বদর্থে ত্যক্তজীবিতঃ। এষ গচ্ছামি সংগ্রামং ত্বৎকৃতে কুরুসত্তম! ॥১০॥

যোৎস্যেঽহং শত্রুভিঃ সার্দ্ধং জেষ্যামি চ বরান্ বরান্।
পাঞ্চালৈঃ সহ যোৎস্যামি সোমকৈঃ কৈকয়ৈস্তথা।
পাণ্ডবেয়ৈশ্চ সংগ্রামে ত্বৎপ্রিয়ার্থমরিন্দম! ॥১১॥

অদ্য মদ্বাণনির্দ্দগ্ধাঃ পাঞ্চালাঃ সোমকাস্তথা। সিংহেনেবার্দ্দিতা গাবো বিদ্রবিষ্যন্তি সর্ব্বশঃ ॥১২॥
অদ্য ধর্ম্মসুতো রাজা দৃষ্ট্বা মম পরাক্রমম্। অশ্বত্থামময়ং লোকং মংস্যতে সহ সোমকৈঃ ॥১৩॥

---

পামমুদনা, ঐনা ঐনা ওম্বা শক্তি পুথোক্তুনা, অকিবনচিংবা তৌদনা মখোয়গা অদুম্ মথেংনৈ ॥৩॥ নিংথৌ অথোইবা! ঐ, কর্ণ, শল্য, কৃপ, কৃতবর্ম্মা—ঐখোয়সিনা থরাই য়াওনা হোৎনরবদি পাণ্ডবশিংবু মীকৃপ্ত লোইখোকৃপা ওমগনি ॥৪॥ অকনবা! কৌরব অথোইবা! হায়রিবা ঐখোয় থরসিনা লৈত্রবদি পাণ্ডবশিংনসু কৌরবলান্মী মপৈসিবু মীকৃপ্ত লোইখোকখিগনি ॥৫॥ ভরতনন্দন! হায়রিবা ঐখোয়না ঐগী ঐগী লৈজবা পাঙ্গল ফুদোকতুনা অদুগা পাণ্ডবশিংনসু লৈজবা শক্তি পুথোকতুনা কন্না থেংনরবদি তেজ অমদা তেজ অমনা চণ্ডশিনথ্রগা অমত ওইমিন্নখিবদুগুম্না—তেজ মশেংস অমত ওইমিন্নখিগনি ॥৬॥ মরম অদুনা মহারাজ! ঐনা থাংগৈশেংনা হায়রিবসিনি-পাণ্ডবশিংসিনা হিংদুনা লৈরিবমখৈদি মখোয়গী লান্মীশিংবু মায়থীবা পীবদি ওইথোকতবা থবক অমনি ॥৭॥ ভরতনন্দন, নিংথৌ! পাণ্ডবাশিংনা শোক্লরিবসে মখোয়গী মরনাইগীদমক্তি। অদুনা, মখোয়না মহারাজগী কৌরবলান্মী মপৈসিবু তুম্না হাৎলোইদোবসি করিগীনো? ॥৮॥ কুরুরাজ! নহাক্তি য়াম্ন লোভীনি, মরৈমরা চাউবনি, থোয়বনি, নাপল তৌবা মীশক্তি। অদুনা, মহাক্না, পুক্চেল্ ঊশেং শেংনা, নহাক্কী পক্ষদা য়াওরিবা ঐখোয় কাওবদা ইচিংত চিংনরিবসিনি ॥৯॥ করে, অসি পুম্নমক্ লৈখিসনু। ঐ য়াম্ন চ্যোকশিন্না থরাই খুবাক্ত হাপ্তুনা নিংথৌ নহাক্কীদমক্ত লান্থেংনগে ॥১০॥ য়েক্লব ওম্ব নিংথৌ! ঐ নহাক্কীদমক লাল শোক্লগনি। পাণ্ডবলান্মীশিংগী মথুংদা অকনবা কন্না কয়াবু হাৎকনি। পাণ্ডবশিং, পাঞ্চালশিং অমদি সোমকশিংগা কন্না শোক্লরমখিগনি ॥১১॥ পাঞ্চালশিং সোমকশিং অসে নোংশানা তান্নরকপা শল ইরোই মপৈনা খোংখোংদুনা চেন্নবগুম্ চেন্নগনি ॥১২॥ মকম্ পূম্ব য়ৌনা ঐনা সোমকশিংগা শোক্লরকৃপা মতম্দা জগৎ অসি অশ্বত্থামামক্ত ওায়রত্রা

আগমিষ্যতি নির্ব্বেদং ধর্ম্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ। দৃষ্ট্বা বিনিহতান্ সংখ্যে পাঞ্চালান্ সোমকৈঃ সহ ॥১৪॥

যে মাং যুদ্ধেঽভিযোৎস্যন্তি তান্ হনিষ্যামি ভারত।।

ন হি তে বীর! মোক্ষ্যন্তে মদাস্ত্রবশমাগতাঃ ॥১৫॥

এবমুক্ত্বা মহাবাহুঃ পুত্রং দুর্য্যোধনং তব। অভ্যবর্ত্তত যুদ্ধায় দ্রাবয়ন্ সর্ব্বধন্বিনঃ।

চিকীর্ষুস্তব পুত্রাণাং প্রিয়ং প্রাণভৃতাং বর! ॥১৬॥

ততোঽব্রবীৎ সকেকয়ান্ পাঞ্চালান্ গৌতমীসুতঃ।
প্রহরধ্বমিতঃ সর্ব্বে মম গাত্রে মহারথাঃ!।
স্থিরীভূতাশ্চ যুধ্যধ্বং দর্শয়ন্তোঽস্ত্রলাঘবম্ ॥১৭॥

এবমুক্তাস্তু তে সর্ব্বে শস্ত্রবৃষ্টিমপাতয়ন্। দ্রৌণিং প্রতি মহারাজ! জলং জলধরা ইব ॥১৮॥

তান্ নিহত্য শরৈর্দ্রৌণির্দশ বীরানপোথয়ৎ। প্রমুখে পাণ্ডুপুত্রাণাং ধৃষ্টদ্যুম্নস্য চ প্রভো! ॥১৯॥

তে হন্যমানাঃ সমরে পাঞ্চালাঃ সৃঞ্জয়াস্তথা। পরিত্যজ্য রণে দ্রৌণিং ব্যদ্রবন্ত দিশো দশ ॥২০॥

তান্ দৃষ্ট্বা দ্রবতঃ শূরান্ পাঞ্চালান্ সহসোমকান্।

ধৃষ্টদ্যুম্নো মহারাজ! দ্রৌণিমভ্যদ্রবদ্যুধি ॥২১॥

ততঃ কাঞ্চনচিত্রাণাং সজলাম্বুদনাদিনাম্। বৃতঃ শতেন শূরাণাং রথিনামনিবর্ত্তিনাম্ ॥২২॥

---

হায়না যুধিষ্ঠিরনা উগদব থিত্ত মঙাররে ॥১৩॥ সোমকশিং পাঞ্চালশিংনা ঐগী খুত্ত মারশীবা কংবত্থ উবদা যুধিষ্ঠিরসি ঈতল তল্লকখিনি, নিরাশ ওইগনি ॥১৪॥ "ভরতনন্দন লানকমদা ঐগী মাঙদা লেপ্লবমখৈদি ঐনা থেংননি, অমত্ত লেম্ন থারোই। মথোয়বু তুম্ন হাৎকনি। মরমদি নিংখৌ! ঐগী তেম্ন পাইরকপা লম্বীদা লৈরম্বমখৈ ঐনা লোইনা হাৎকনি" ॥১৫॥ সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ মতৌ অসুম্ন ওহাক্ অশ্বত্থামানা দুর্য্যোধনদা হায়রগা নোংচুবগুম অতৎ অথম্ লৈতনা তেল কাপ্‌শিল্ কাপশিন্দুনা পাণ্ডবলাম্মী তেঙ্গোল তম্ন চঙশিনখি ॥১৬॥ অদুগী তুংদা অশ্বত্থামানা কেকয় অমদি পাঞ্চালশিংদা অসুম্না হায়রকই :—"অকনবশা! মহারথী পুম্নমক মরাম্ চঙদুনা ঐঙোন্দ কাপ্‌শিনবিরকউ। থবাক্ লোংনা য়ারি। খুৎলৈ থুবা শাফু কনবা উৎতুনা ঐগা থেংনবিয়ু" ॥১৭॥ মহারাজ! অশ্বত্থামানা অশুম্না লাউরক্-হায়রকলবদা মরাম্ অদুনা অশাউবগা লোয়ননা "উশিংমন্দে, মাসি হাৎলু" হায়দুনা নোংমদোম্বকপু কুপ্পবা নোং মপাক্না হৈথচুথরকপগুম্ তেন্তনা নোংচুথবগুম্ চুথহল্লকলে ॥১৮॥ মহারাজ! পাণ্ডবশিং অমদি ধৃষ্টদ্যুম্নগী মাঙমক্তদা অশ্বত্থামানা পাণ্ডবপক্ষগী কল্লবা লাম্মী তরা হাৎখি ॥১৯॥ অশ্বত্থামানা কম্ন আক্রমন তৌশিল্লকপসিদা পাঞ্চাললাম্মীশিং অদুগা সৃঞ্জয় লাম্মীশিং অসি অশ্বত্থামাগী মাঙদা থাহবা ওমদহনা লালকম্ থাদোক্নুনা চেম্নরকলে ॥২০॥ মহারাজ! পাঞ্চালশিং সোমকশিংনা চেম্নবকপসি উবদা ধৃষ্টদ্যুম্ননা অশ্বত্থামাগোমদ চঙশিল্লকই ॥২১॥ অদুগী তুংদা সনাপুশাগী লৈতেংনা থল্লবা, ঈশিংনা

পুত্রঃ পাঞ্চালরাজস্য ধৃষ্টদ্যুম্নো মহারথঃ। দ্রৌণিমিত্যব্রবীদ্বাক্যং দৃষ্ট্বা যোধান্ নিপাতিতান্ ॥২৩॥

( যুগ্মকম্ )

আচার্য্যপুত্র ! দুর্বুদ্ধে ! কিমন্যৈর্নিহতৈস্তব। সমাগচ্ছ ময়া সার্দ্ধং যদি শূরোঽসি সংযুগে।
অহং ত্বাং নিহনিষ্যামি তিষ্ঠেদানীং মমাগ্রতঃ ॥২৪॥

ততস্তমাচার্য্যসুতং ধৃষ্টদ্যুম্নঃ প্রতাপবান্। মর্ম্মভিদ্ভিঃ শরৈস্তীক্ষ্ণৈর্জঘান ভরতর্ষভ ! ॥২৫॥

তে তু পঙ্‌ক্তীকৃতা দ্রৌণিং শরা বিবিশুরাশুগাঃ। রুক্মপুঙ্খাঃ প্রসন্নাগ্রাঃ সর্ব্বকায়াবদারণাঃ।
মধ্বর্থিন ইবোদ্দামা ভ্রমরাঃ পুষ্পিতদ্রুমম্ ॥২৬॥

সোঽতিবিদ্ধো ভৃশং ক্রুদ্ধঃ পদাক্রান্ত ইবোরগঃ। মানী দ্রৌণিরসংভ্রান্তো বাণপাণিরভাষত ॥২৭॥

ধৃষ্টদ্যুম্ন ! স্থিরো ভূত্বা মুহূর্ত্তং প্রতিপালয়। যাবত্ত্বাং নিশিতৈর্ব্বাণৈঃ প্রেষয়ামি যমক্ষয়ম্ ॥২৮॥

দ্রৌণিরেবমথাভাষ্য পার্ষতং পরবীরহা। ছাদয়ামাস বাণৌঘৈঃ সমন্তাল্লঘুহস্তবৎ ॥২৯॥

সংছাদ্যমানঃ সমরে দ্রৌণিনা যুদ্ধদুর্ম্মদঃ। দ্রৌণিং পাঞ্চালতনয়ো বাগ্‌ভিরাতর্জয়ত্তদা ॥৩০॥

ন জানীষে প্রতিজ্ঞাং মে বিপ্রোৎপত্তিং তথৈব চ। দ্রোণং হত্বা কিল ময়া হন্তব্যস্ত্বং সুদুর্ম্মতে ! ।
ততস্ত্বাহং ন হন্ম্যদ্য দ্রোণে জীবতি সংযুগে ॥৩১॥

---

মযুক্ চোম য়াওরবা নোংগী মতৌঙুম্ ভংলবা লাউরবা, নীঙহন্নন চেন্নরোইদোবা রথতোংবা রথী লাম্মী চামনা ঈকোয় কোয়শিল্লবা, পাঞ্চাল নিংথৌগী মচা কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা অশ্বত্থামাগী নাক্তা চঙশিল্লক্‌ত্‌না অস্নুম্না হায়রে ॥২২-২৩॥ পণ্ডলবা গুরুমচা ! লাম্মী অচম্বশিং অসিবু অরেম্বদা হাৎলগা করি কাম্নরি ? নং অকন্‌বা অমনি হায়না নশানা থঙজরবদি ঐ ইথন্তগা থেংনৌ। ঙসি নংগী নথ্‌াই লৌগে ॥২৪॥ অসি হায়না হায়না খোরবা, থম্মোয় কায়বা য়ারবা তেল্ মপৈ অমনা ধৃষ্টদ্যুম্ননা অশ্বত্থামাদা থাখি ॥২৫॥ মতম অদুদা, লৈহৌ পাম্বা খোইমু মপৈ মপৈনা মকা কন্নশাৎলবা মপান্না থল্লবা পূংলবা উথক্ত পাইশিনখিবগুম্না ধৃষ্টদ্যুম্নগী তেলময়াম্ অত্থনা অশ্বত্থামাগী মশাদা চঙথি ॥২৬॥

মতম অদুদা ঐনা মহেল্লে হায়না থোয়রবা, লীক্লংবু খুত্থম চেৎনা পায়রিবা, অশাউবনা মৈহৌরবা অশ্বত্থামা অসি মশৈ নেৎপ্রবা লিলগী মতৌঙুম্ অশাউবগী সুংশাশোর কামথোকতুনা খোঙকম লেঙদনা লৈহুনা ধৃষ্টদ্যুম্নদা অস্নুম্না হায়রকই ॥২৭॥ ধৃষ্টদ্যুম্ন ! ঙহাক্তংদি হিংহুনা ঙাইহনা লৈজথো। ঐগী থোরবা তেল অসিনা নহাকপু যমালয়দা থারগে ॥২৮॥ মিত্রং হৈবমীগী মতৌঙুম্না মথুং থুরবা, য়েক্লবা ঙস্বা অশ্বত্থামানা ধৃষ্টদ্যুম্নদা অস্নুম্না হায়রগা অতৎ অথম্ লৈতনা কাপশিল্লকতুনা ধৃষ্টদ্যুম্নবু তেননা পূমন্নোম্ য়োমহনপ্রে ॥২৯॥ লাকুঙম কাঙমত্রবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা, তেন্না মশা পুম্বা পূমন্নোম য়োমপ্রবদা থীনা নিন্দা তৌহনা অস্নুম্না হায়রকই ॥৩০॥ ব্রাহ্মণ ! হৌনবা থঙদবা ! নং ঐগী পুন্সিগী অমদি মপোক্‌সিমগী রাশক্ খঙদে ! ঐনা পোক্‌পগী

ইমাস্ত রজনীং প্রাপ্তামপ্রভাতাং সুদুর্দ্দৃতে।। নিহত্য পিতরং তেঽদ্য ততস্তামপি সংযুগে।
মেত্তামি মৃত্যুলোকায়েত্যেতন্মে মনসি স্থিতম্ ॥৩২॥
যন্তে পার্থেষু বিদ্বেষো যা ভক্তিঃ কৌরবেষু চ। তাং দর্শয় স্থিরো ভূত্বা ন মে জীবন্ বিমোক্ষ্যসে ॥৩৩॥
যো হি ব্রাহ্মণ্যমুৎসৃজ্য ক্ষত্রধর্ম্মে রতো দ্বিজঃ। স বধ্যঃ সর্ব্বলোকস্য যথা ত্বং পুরুষাধম! ॥৩৪॥
ইত্যুক্তঃ পরুষং বাক্যং পার্ষতেন দ্বিজোত্তমঃ। ক্রোধমাহারয়ত্তীব্রং তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥৩৫॥
নির্দ্দহন্নিব চক্ষুর্ভ্যাং পার্ষতং সোঽভ্যবৈক্ষত। ছাদয়ামাস চ শরৈর্নিশ্বসন্ পন্নগো যথা ॥৩৬॥
স চ্ছাদ্যমানঃ সমরে দ্রৌণিনা রাজসত্তম।। সর্ব্বপাঞ্চালসেনাভিঃ সংবৃতো রথসত্তমঃ ॥৩৭॥
নাকম্পত মহাবাহুঃ স্ববীর্য্যং সমুপাশ্রিতঃ। সায়কাংশ্চৈব বিবিধানশ্বত্থাম্নি মুমোচ হ ॥৩৮॥
(যুগ্মকম্)
তৌ পুনঃ সংন্ন্যবর্ত্তেতাং প্রাণদ্যুতপণে রণে। নিপীড়য়ন্তৌ বাণৌঘৈঃ পরস্পরবধৈষিণৌ।
উৎসৃজন্তৌ মহেষ্বাসৌ শরবৃষ্টীঃ সমন্ততঃ ॥৩৯॥

---

রাখীস্থ নং তাক্লি। হে পুক্চেল ফত্রবা। ব্রাহ্মণ ওইরগা অয়ান্বগী পঙ্কদা লেম্না। ঐদি নংবু হৌজিক্ হাৎখিরোই। নংবু পোক্পা দ্রোণ হায়বদো —মা— হাৎলগা নংবু হাৎকদবনি। অদুনা নং শিদোকপ্পবদি নংগী কায়নবা মৈনা চাক্খিদুনা নপাস্থ শিদোক্খিবা য়াই। অদু ওইরবদি ঐগী রাশক্ কায়বা তারে। অদুনা, ঐ নংবু হৌজিক্কাও হাৎপিক্লিবনি হে! ॥৩১॥ ফত্রবা! হৌজিক্ অহিংনি, অদুনা নোংঙাক্লিদ্রৈগী মমাঙদা ব্রহ্মমুহূর্ত্তদা নপাবু যমালয়দা থাক্লা দ্রোহনখিগনি। নংবুস্থ দ্রোণদুগী মতুং ইলহলখিগনি। মাসে ঐনা হায়া পরেং লেংদুনা থম্লবনি ॥৩২॥ পাণ্ডবশিংদা নংনা মিহৌরিবা কল্লকৃলিবা, পাপী দুর্য্যোধননচিংববু নংনা থুশিংজরিবা মাঙো ঐঙোন্দা অদুম্ নংগী লৈজবা শক্তিনা উচ্চখো! অদুগা ওসিমকস্থ হিংনা হিংনদি নং ঐগী খুত্তগী নাম্বোক্পদি য়াররোই। নত্রগা নখুৎ লোম্নরম্মগা নথ্যাই পুচনা চেস্ত্রখো, কন্বিনি ॥৩৩॥ হে তোল্লবা! ব্রাহ্মণগী মথৌ থাদোক্তুনা ক্ষত্রিয়গী মথৌদা পুক্নীং চঙবগী মচা! নংস্থ নপাগুম্ ব্রাহ্মণগী থবক্ থাদোকলে! কৈদোনা ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লরি! ক্ষত্রিয়গী মথৌ তৌরবনিনা নং লালক্মদা ক্ষত্রিয়নি। ক্ষত্রিয়না ক্ষত্রিয়বু হাৎপদা দোষ লৈতে" ॥৩৪॥ ধৃষ্টদ্যুম্ননা অস্থম্না হায়রক্লবদা অশ্বত্থামাসি ফ্রং লাউনা শাউথ্রে। অদুদগীদি "কৈ, থাঙঙ্, থাঙঙ্" হায়দুনা অশ্বত্থামানা তেল মনম্-মনম্ কাপশিনবা হৌরক্লে ॥৩৫॥

অশ্বত্থামানা মমৈ নেৎলুরবা শাউরবা লিলগুম মুংশাশোর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা, মমিৎমনা চপ্ মুংখত্তুনা মমীত্তগী কাপথোরকপা তেজনা ধৃষ্টদ্যুম্নবু চাক্থেকদবগুম্ কাপশিল্লকপা তেল ময়ামদুনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী মশাদু পুময়োম য়োমখ্রে ॥৩৬॥ মহারাজ! অশ্বত্থামাগী তেল্ল মশাপুমমোম্ য়োম্ব্রবদুদা, পাঞ্চাললাম্মী অকনবশিংনা পুমকোয় কোয়না ঙাকশেল্লিবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা মশাগী পাম্বোম্গী পাজম্দা তোংদুনা কিরিমত মিপাইবা কিবিব তৌদনা খোঙকম্ লেঙদনা লৈখি। ধৃষ্টদ্যুম্ননা খুৎলায় ঈদুন্ হন্দ্রকাওবদা অশ্বত্থামাদি কাপশিল্লকপদু ঈতোক তোকক্লি ॥৩৭-৩৮॥ লালকম্ অদুনা লাইমুন্

দ্রৌণিপার্ষতয়োর্যুদ্ধং ঘোররূপং ভয়ানকম্। দৃষ্ট্বা সম্পূজয়ামাসুঃ সিদ্ধচারণবাতিকাঃ ॥৪০॥
শরৌঘৈঃ পূরয়ন্তৌ তাবাকাশং প্রদিশস্তথা। অলক্ষ্যৌ সমযুধ্যেতাং মহৎ কৃত্বা শরৈস্তমঃ ॥৪১॥
নৃত্যমানাবিব রণে মণ্ডলীকৃতকার্ম্মুকৌ। পরস্পরবধে যত্তৌ পরস্পরজয়ৈষিণৌ ॥৪২॥
অযুধ্যেতাং মহাবাহু চিত্রং লঘু চ সুষ্ঠু চ। সংপূজ্যমানৌ সমরে যোধমুখ্যৈঃ সহস্রশঃ ॥৪৩॥
তৌ প্রযুদ্ধৌ রণে দৃষ্ট্বা বনে বন্যৌ গজাবিব। উভয়োঃ সেনয়োর্হর্ষস্তুমুলঃ সমপদ্যত ॥৪৪॥
সিংহনাদরবাশ্চাসন্ দধ্মুঃ শঙ্খাংশ্চ সৈনিকাঃ। বাদিত্রাণ্যভ্যবাদ্যন্ত শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥৪৫॥
তস্মিন্ সুতুমুলে যুদ্ধে ভীরূণাং ভয়বর্দ্ধনে। মুহূর্ত্তমিব তদ্যুদ্ধং সমরূপং তদাভবৎ ॥৪৬॥
ততো দ্রৌণির্মহারাজ! পার্ষতস্য মহাত্মনঃ। ধ্বজং ধনুস্তথা ছত্রমুভৌ চ পার্ষ্ণিসারথী।
সূতমশ্বাংশ্চ চতুরো নিহত্যাভ্যদ্রবদ্রণে ॥৪৭॥

---

ওইরগা মথ্রাই-মথ্রাইনা পোস্থা ওইদুনা অশ্বত্থামানা তেন্তনা চৌবর মরু ওইহুনা লংশিল্লকলি। পক্ষ অনীমক্ত লৈন-লেপ্পরিবা লাম্মীশিং অদুস্থ মাগী মাগী মপা য়েংনহুনা অতৎ অথম্ লৈত্তনা কাপশিন্নরকলি ॥৩৯॥ অদুগী তুংদা, নোংমদোম্বক্তা কুমৈ য়েংলিবা সিদ্ধ সাধ্য গন্ধর্ব্বশিং অদুগা অতৈ অতিয়াদা পাইভম্বা জীবশিংনা অশ্বত্থামা-ধৃষ্টদ্যুম্ন অনীগী লালবু উরগা অনীমকপু চপ মান্নবা থাগৎখি ॥৪০॥ মখোয় অনীনা কাপথোক্লরকপা তেল অমদি লংখৎনরকপা খুৎলায় জাৎক্লাৎ অদুনা নোংমদোন পূমকুপ কুপহনখিদুনা মায়গৈ সপ্লাই খঙদনা মমখিদুনা মখোয় অনীমকস্থ অমগমগ উনদনা কাপ্পরকই ॥৪১॥ মখোয় অনী জগোঙ্গশাবা হৈবা তান্নব-কাংনবগুম্না, মাগী মাগী লীরুং অদু খুদুম চেৎনা পায়নদুনা মায়গৈমরি কোয়রৈলৈনা কাপনবা হৌরকলে। মতম অসিদা অমনা অমবু জয় তৌগে হায়না মপূক্লীংদা চপ য়ুংনা লেপ্পরবা অনী অসি হুম্মাং অনপ্পা কানা থেংনরকলে ॥৪২॥ কল্লবা হৈরবা অশ্বত্থামা ধৃষ্টদ্যুম্ন অনীসিনা লাল্লোং মখল মখল পুখোক্লহনা, লালগী নিয়ম চপ চানা য়েংদুনা শোক্লরকপগু উবদা পক্ষঅনীমকী লাম্মীশিংনা মখোয় অনীবু হুম্ন-হুম্ন থাগৎনখি ॥৪৩॥ নারক্ত মপাঙ্গল মান্নরবা ময়া চাউবা-শাংবা মান্নরবা শামুলমশানীনা য়াথিল্লরকপ তকশিন্নরকপগুম্ন অনীনা শোক্লরকপা লাঞ্জোক্লা অদুনা অউবশিংগী থম্মোয়দা অপেনবা-মুংঙাইবা-অকিবা-অঙকপা পোকহনখি ॥৪৪॥

অনীসিনা অমনা অমবু খিস্তং লাক্চরপ্ তৌবা মতম্দা মাগী মাগী লৈজবা খোম্থাংদা সিংহনাদ হেক্ হেক্ লাউনরক্পদা, মাগী মাগী পক্ষগী লাম্মীশিংনস্থ মোইবুং খোংগৎনৈ, পুং শেল্লনচিংবা যন্ত্র পায়খত্তুনা খোংনখি রৈনখি ॥৪৫॥ কিগন্বা মীশিংনদি, থম্মোয় শোন্বা লাম্মীশিংনদি য়েংবা ঙম্দবা, মরিল্ মথোনা লৈবশিংগী থম্মোয়দদি হরাউ মুংঙাইবগী ঈথক্ হৌহন্বা, অনীগী অদুগুম্বা লাল্ অদু ঙহাক্তং চপ্ মান্নবা চত্থরম্মি ॥৪৬॥ অদুদগীদি মহারাজ! মহাত্মা ওইরবা অশ্বত্থামানা ধৃষ্টদ্যুম্নগী ফিরাল, লীরুং, ছত্র, সারথিশৈশিল অনী, মাঙদা কম্লিবা সারথি

পাঞ্চালাংশ্চৈব তান্ সর্বান্ বাণৈঃ সন্নতপর্বভিঃ। ব্যদ্রাবয়দ্দ্রৌণিরাত্মা শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥৪৮॥
ততস্তু বিব্যথে সেনা পাণ্ডবী ভরতর্ষভ ।। দৃষ্ট্বা দ্রৌণের্মহৎ কর্ম বাসবস্যেব সংযুগে ॥৪৯॥
শতেন চ শতং হত্বা পাঞ্চালানাং মহারথঃ। ত্রিভিশ্চ নিশিতৈর্বাণৈর্হত্বা ত্রীন্ বৈ মহারথান্ ॥৫০॥
দ্রৌপদেয়াঃ পদপুত্রস্য ফাল্গুনস্য চ পশ্যতঃ। নাশয়ামাস পাঞ্চালান্ ভূয়িষ্ঠং যে ব্যবস্থিতাঃ ॥৫১॥

( যুগ্মকম্ )

তে বধ্যমানাঃ পাঞ্চালাঃ সমরে সহ সৃঞ্জয়ৈঃ। অগচ্ছন্ দ্রৌণিমুৎসৃজ্য বিপ্রকীর্ণরথধ্বজাঃ ॥৫২॥
স জিত্বা সমরে শত্রূন্ দ্রোণপুত্রো মহারথঃ। ননাদ সুমহানাদং তপান্তে জলদো যথা ॥৫৩॥
স নিহত্য বহূন্ শত্রূনশ্বত্থামা ব্যরোচত। যুগান্তে সর্বভূতানি ভস্ম কৃত্বেব পাবকঃ ॥৫৪॥
সংপূজ্যমানো যুধি কৌরবেয়ৈর্বিজিত্য সংখ্যেঽরিগণান্ সহস্রশঃ।
ব্যরোচত দ্রোণসুতঃ প্রতাপবান্ যথা সুরেন্দ্রোঽরিগণান্ নিহত্য ॥৫৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে সতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি
ঘটোৎকচবধে অশ্বত্থামপরাক্রমে চত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।০।

——(::)——

---

অতুগা শগোল মরিবু ককৃথৎলগা ধৃষ্টদ্যুম্ন অমদি পাণ্ডবশিং অড় তম্না প্রপ্রপ চঙশিল্লকই ॥৪৭॥ অতুগী তুংদা কদায় কাওবা কন্‌বগে হায়বত্ত হায়নীঙাই লৈতবা. মরিল্ লৈরবা অশ্বত্থামানা থৌর থৌরবা তেলগী মপৈনা পাঞ্চাল লাম্মী চাম চামবু, লিশিং লিশিংবু নৈবা হৌরক্লে ॥৪৮॥ ভরতশাগেগী অথোইবা! লালকম অতুদা ইন্দ্রনা তৌগদবা থবকপু অশ্বত্থামানা তৌথোরকপত্থ উবদা পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডব লাম্মী পূম্নমক্ মথ্বাই রাখি, মায়থোং লাংশিনখি ॥৪৯॥ মতম্ অতুদা অশ্বত্থামানা ধৃষ্টদ্যুম্ন অর্জ্জুন অনীগী মাঙ্‌মক্তদা অমুমুক কাপ্পদা তেল অমমম্না পাণ্ডব লাম্মী অহুমহুম্ হাৎপ হৌরক্লে ॥৫০-৫১॥ অশ্বত্থামানা অসুম্না হাচ্ছিল্লক্লবদা পাঞ্চাল অমদি সৃঞ্জয় লাম্মী অয়াম্বা অশ্বত্থামাবু হন্দোক্‌লম্লগা মায়গৈ মরি ফাংনা চেম্নথ্রে ॥৫২॥ মতৌ অসুমা মহারথী অশ্বত্থামানা লালকম অতুদা য়েক্লব খ্বিবিকপু জয় তৌরবা তুংদা বর্ষাঋতুদা নোংন থোংবগুম্ খোল্লেল হৌনা লাউরক্‌ই ॥৫৩॥ প্রলয়গী মতমগী মৈনা জগৎ পুম্ববু চাকলুরবা তুংদা পূমঙাল ঙাম লৈবত্থগুম্না অশ্বত্থামাসি য়েক্ল লাম্মী কয়া কয়াবু চাক্‌থোক্‌লুরবা তুংদা থোইদোক্লা মশেক মঙালগা লোয়ননা নীংথিজখি ॥৫৪॥ ইন্দ্রনা দৈত্যদানব ময়াম্বু হাৎলুরগা নীঙথিজবত্থগুম্না মতীক মগুণ চাউরবা অশ্বত্থামাস্ন য়েক্লবা চাম চাম লিশিং লিশিং হাৎলুরবা তুংদা থোইদোক্লা নীঙথিজখি। কৌরব লাম্মীশিংনা লৈশি লৈথোন্দুনা অশ্বত্থামাবু হন্না হন্না থাগৎখি ॥৫৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকশিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণ পর্ব্বদা ঘটোৎকচবধগী মনুংদা "অশ্বত্থামপরাক্রম" চামনিফুগুবা অধ্যায় লোইরে। *

# শ্রীমহাভারতম্

## একচত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামানিফুমাথোইশুবা অধ্যায়

( "ঘটোৎকচবধ"গী মনুংদা সোমদত্ত হাৎপগী মতাং )

### সঞ্জয় উবাচ।

ততো যুধিষ্ঠিরশ্চৈব ভীমসেনশ্চ পাণ্ডবঃ। দ্রোণপুত্রং মহারাজ! সমন্তাৎ পর্য্যবারয়ং ॥১॥
ততো দুর্য্যোধনো রাজা ভারদ্বাজেন সংবৃতঃ। অভ্যয়াৎ পাণ্ডবান্ সংখ্যে ততো যুদ্ধমবর্ত্তত।
ঘোররূপং মহারাজ! ভীরূণাং ভয়বর্দ্ধনম্ ॥২॥
অম্বষ্ঠান্ মালবান্ বঙ্গান্ শিবীংস্ত্রৈগর্ত্তকানপি। প্রাহিণোন্মৃত্যুলোকায় গণান্ ক্রুদ্ধো যুধিষ্ঠিরঃ ॥৩॥
অভীষাহান্ শূরসেনান্ ক্ষত্রিয়ান্ যুদ্ধদুর্ম্মদান্। নিকৃত্য পৃথিবীং চক্রে ভীমঃ শোণিতকর্দ্দমাম্ ॥৪॥
যৌধেয়ানদ্রিজান্ রাজন্! মদ্রকান্ মালবানপি। প্রাহিণোন্মৃত্যুলোকায় কিরীটী নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥৫॥
প্রগাঢ়মঞ্জোগতিভির্নারাচৈরভিতাড়িতাঃ। নিপেতুর্দ্বিরদা ভূমৌ দ্বিশৃঙ্গা ইব পর্ব্বতাঃ ॥৬॥
নিকৃত্তৈর্হস্তিহস্তৈশ্চ চেষ্টমানৈরিতস্ততঃ। ররাজ বসুধা কীর্ণা বিসর্পদ্ভিরিবোরগৈঃ ॥৭॥
ক্ষিপ্তৈঃ কনকচিত্রৈশ্চ নৃপচ্ছত্রৈঃ ক্ষিতির্বভৌ। দ্যৌরিবাদিত্যচন্দ্রাদ্যৈর্গ্রহৈঃ কীর্ণা যুগক্ষয়ে ॥৮॥

---

**সঞ্জয়না হায়ঃ**—মহারাজ! অদুগী তুংদা পাণ্ডুনন্দন যুধিষ্ঠিরগা ভীমসেনগা অনীনা লান্মী মপৈগা লোয়ননা চণ্ডশিল্লকতুনা অশ্বত্থামাবু কোয়শিল্লয়ে ॥১॥ মাদু উবদা দুর্য্যোধনসু লান্মী মপৈ অম পুদুনা পাণ্ডবশিংগী মায়কৈদা চণ্ডশিল্লকই মহারাজ! মতম অসিদা মিপাইবা ভুজুংবা পোক্লনীগুভায় ওইরবা লাঞ্জাও অম থোকখ্রে ॥২॥ অদুগী তুংদা থোইদোক্লা শাউগ্রবা যুধিষ্ঠিরনা অম্বষ্ঠ, মালব, বঙ্গ, শিবি অমদি ত্রিগর্ত্তগী অকনবা লান্মী কয়া কয়াবু যমালয়দা থাখি। ॥৩॥ ভীমনা অভীষাহ, শূরসেনগী লাকৃওম কাণ্ডমক্রবা ক্ষত্রিয় লিশিং লিশিংবু ককতুনা মখোয় মশাগী ঈনাই লুতোংমক্তনা লালকম্ অদু লৈখোম্ থোক্হন্খি ॥৪॥ অদুগা মহারাজ! অর্জ্জুনসু মাগী থৌর-থৌরবা তেন্না যৌধেয়, অদ্রিজ, মদ্র, মালব দেশগী লান্মীশিংবু মপৈ-মপৈ হাৎখি ॥৫॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা অর্জ্জুনগী য়েৎতুম্ মচীন্ শাবা তেলশিংনা পান্বদা চাউর চাউরবা শামুনা চীগুদোল্ য়াম্ন লোঙলবা চীগুদুম্ অমমমগী মতোগুম্না লৈমায়থক্ত তাথি ॥৬॥ মক্লেণ্ড-মক্লেণ্ড চৎলবা লিললিংগী মতৌগুম্না তেন্না কক্লবা শামু মনাতোলশিং অদুনা লালকম্ অদুদা খুরক্ হাণ্ডদনা তাক্লনা লৈখি ॥৭॥ কিয়াল্ লীক্লোয়চিংবা, য়েক্খোৎলবা লালগী কিজোলশিং অদুনা লালকম্ অদুগী

হত প্রহরতাভীতা বিধ্যত ব্যবকৃন্তত। ইত্যাসীত্তুমুলঃ শব্দঃ শোণাশ্বস্য রথং প্রতি ॥৯॥
দ্রোণস্তু পরমক্রুদ্ধো বায়ব্যাস্ত্রেণ সংযুগে। ব্যধমত্তান্ মহাবায়ুর্মেঘানিব দুরত্যয়ঃ ॥১০॥
তে হন্যমানা দ্রোণেন পাঞ্চালাঃ প্রাদ্রবন ভয়াৎ। পশ্যতো ভীমসেনস্য পার্থস্য চ মহাত্মনঃ ॥১১॥
ততঃ কিরীটী ভীমশ্চ সহসা সংন্যবর্ত্ততাম্। মহতা রথবংশেন পরিগৃহ্য বলং তব ॥১২॥
বীভৎসুর্দক্ষিণং পার্শ্বমুত্তরঞ্চ বৃকোদরঃ। ভারদ্বাজং শরৌঘাভ্যাং মহদ্ভ্যামভ্যবর্ষতাম্ ॥১৩॥
তৌ তদা সৃঞ্জয়াশ্চৈব পাঞ্চালাশ্চ মহৌজসঃ। অন্বগচ্ছন্ মহারাজ! মৎস্যাশ্চ সহ সোমকৈঃ ॥১৪॥
তথৈব তব পুত্রস্য রথোদারাঃ প্রহারিণঃ। মহত্যা সেনয়া সার্দ্ধং জগ্মুর্দ্রোণরথং প্রতি ॥১৫॥
ততঃ সা ভারতী সেনা বধ্যমানা কিরীটিনা। তমসা নিদ্রয়া চৈব পুনরেব ব্যদীর্য্যত ॥১৬॥
দ্রোণেন বার্য্যমাণাস্তু স্বয়ং তব সুতেন চ। নাশক্যন্ত মহারাজ! যোধা বারয়িতুং তদা ॥১৭॥
সা পাণ্ডুপুত্রস্য শরৈর্দার্য্যমাণা মহাচমূঃ। তমসা সংবৃতে লোকে ব্যদ্রবৎ সর্ব্বতোমুখী ॥১৮॥
উৎসৃজ্য শতশো বাহাংস্তত্র কেচিন্নরাধিপাঃ। প্রাদ্রবন্ত মহারাজ! ভয়াবিষ্টাঃ সমন্ততঃ ॥১৯॥

---

লৈতেং ওইনা মকম্-মকম্দা তা তাথুনা লৈখি। মতম্ অসিদা লালকম্ অসি, প্রলয়-মতমগী চাক্লবা লংলবা গ্রহ নক্ষত্রনচিংবা নুমিৎ-থানা থল্লবা নোংমদোনগী মকোয়গুম্না উনখি ॥৮॥ "হাংল্লু! চণ্ডশিল্লু! তকশিল্লু! ফুজিল্লু! ককউ থিল্লু।" হায়না লাউর লাউরদুনা পাণ্ডবলাল্মীশিংনা দ্রোণ তম্না ফুজিল্লকই ॥৯॥ মতম্ অদুদা লাম্হোকপা য়াদ্রবা নুংশিৎ ইপোম্ অমনা নোং মপাক্ মপাক্পু হুমদোক্ হাইদোক্খিবদুগুম্না দ্রোণাচার্য্যনা বায়ব্যাস্ত্র (নুংশিৎকী (তেলনা) চেল্শিল্লকলিবা মখোয়বু খিংদুনা থমখি ॥১০॥ দ্রোণাচার্য্যনা হাচ্চিল্লকপাসিদা থাণ্ডবা ঙমদদুনা পাঞ্চাল লাল্মী পুম্বা কিবনা ভীম অর্জ্জুনগী মাঙ্ মক্তদা লালকম্ থাদোক্তুনা চেন্নবা হৌরকলে ॥১১॥ মহারাজ! মাদু উবদা ভীম অর্জ্জুন অনী অসি লাল্মী মপৈ অমমম্ পুদুনা কৌরবলাল্মী মপৈদুগী মাঙমক্তদা খিংদুনা থত্তুনা লৈখি ॥১২॥ য়েৎলোমদগী অর্জ্জুননা, ওয়রোমদগী ভীমনা কাণ্ডপ্ লেপ্তুনা কৌরব লাল্মী মপৈবু নাকল্ অনীদগী চপ্খায়দুনা নৈরকলে ॥১৩॥ অদুদগীদি চেল্লুরবা পাঞ্চাল, সৃঞ্জয়, মৎস্য সোমককী লাল্মীশিংনা মপুক্লীং থোগৎপগা লোয়ননা ভীম অর্জ্জুন অনীগী মতুং ইনখ্রে ॥১৪॥

মহারাজ! মতৌ অদুম্না মহারাজগী কৌরব লাল্মী মহারথী অয়াম্বস্ু মাগী মাগী খোঙলোয় লাল্মীশিংগা লোয়ননা দ্রোণবু ভাকশেনগদবগী কন্না চেনশিন্নরকলে ॥১৫॥ অদুগী তুংদা কৌরব লাল্মী অয়াম্বা—অর্জ্জুনদা কাপ্শিল্ থাজিল্লকপাসিগা লোয়ন লোয়ননা অয়াম্বদুনা মখোয় লোইনা চোক্থরকতুনা তুমনীং খোৎনীংঙক্তুনা মচোই-মচোই কায়নরকলে ॥১৬॥ মহারাজ! মতম অসিদা দ্রোণনা অদুগা নচাঈবুঙো দুর্য্যোধন মশামক্তা থামজিনবা খোমজিনবা ঙম্খিদ্রে ॥১৭॥ অমম্বনা জগৎপু কূপ্শিল্লক্রবা মতম্সিদা, কৌরবলাল্মী পুম্বা অর্জ্জুনগী তেলগী চৈনা ফংবদা মায়গৈ সলাই থণ্ডনা পঙ্চেন্দ চেম্নরকলে ॥১৮॥ মহারাজ! অকন্বা নিংথৌ লাল্মী কয়াম্

সোমদত্তস্তু সংপ্রেক্ষ্য বিধুবানং মহদ্ধ্বজঃ। সাত্যকিঃ প্রাহ যন্তারং সোমদত্তায় মাং বহ ॥২০॥
ন হ্যহত্বা রণে শত্রুং বাহ্লীকং কৌরবাধমম্। নিবর্ত্তিষ্যে রণাৎ সূত! সত্যমেতদ্বচো মম ॥২১॥
ততঃ সংপ্রেষয়দ্যন্তা সৈন্ধবাংস্তান্ মনোজবান্। তুরঙ্গমান্ শঙ্খবর্ণান্ সর্ব্বশব্দাতিগান্ রণে ॥২২॥
তেঽবহন্ যুযুধানন্তু মনোমারুতরংহসঃ। যথেন্দ্রং হরয়ো রাজন্! পুরা দৈত্যবধোদ্যতম্ ॥২৩॥
তমাপতন্তং সংপ্রেক্ষ্য সাত্বতং রভসং রণে। সোমদত্তো মহাবাহুরসংভ্রান্তোঽভ্যবর্ত্তত ॥২৪॥
বিমুঞ্চন্ শরবর্ষাণি পর্জন্য ইব বৃষ্টিমান্। ছাদয়ামাস শৈনেয়ং জলদো ভাস্করং যথা ॥২৫॥
অসংভ্রান্তশ্চ সমরে সাত্যকিঃ কুরুপুঙ্গবম্। ছাদয়ামাস বাণৌঘৈঃ সমন্তাদ্ভরতর্ষভ! ॥২৬॥
সোমদত্তস্তু তং ষষ্ট্যা বিব্যাধোরসি মাধবম্। সাত্যকিশ্চাপি তং রাজন্নবিধ্যৎ সায়কৈঃ শিতৈঃ ॥২৭॥
তাবন্যোন্যং শরাংকৃত্তৌ ব্যরাজেতাং নরর্ষভৌ। সুপুষ্পৌ পুষ্পসময়ে পুষ্পিতাবিব কিংশুকৌ ॥২৮॥
রুধিরোক্ষিতসর্ব্বাঙ্গৌ কুরুবৃষ্ণিযশস্করৌ। পরস্পরমবৈক্ষেতাং দহন্তাবিব লোচনৈঃ ॥২৯॥

---

মাঙ্গী মাঙ্গী খোঙজোয়-শাদোং জোইন হন্দোবজমদুনা মথ্‌ৱাই পুদুনা চেঙরকলে ॥১৯॥ কৌরব তেঙ্গোলগী অবস্থা আস—উবদা সুংভাইখিদদুনা, মচা হাৎখিবগী শাউরবা সোমদত্ত অসি জীরুংবু খুত্নমচেৎনা পায়দুনা, জীরুংবু নাকোং মরু কংনা চিংদুনা চঙ্‌শিল্লকই। মাদু উবদা সাত্যকিনা "সোমদত্তয়োম্‌দা রথ হৌজিক্‌মক্ থৌজিল্ল" হায়না মাগী সারথিদা য়াথং পীরকই ॥২০॥ সাত্যকিনা সারথিদা কম্নি হায়রকপগে হায়রবু—"সারথি! ঐ ঙসি সোমদত্তবু হাত্রিমখৈ জালকমদগী হল্লোই। মাসে ঐগী ৱাশক্নি ॥২১॥ মাদু তাবদা সাত্যকিগী সারথিনা, পুক্নীংগী মতৌঙম্ য়াঙ্‌লবা, মোইবুংগুম্ ঙৌরবা, লালগী খোল্লাউ ইনিন্ পূম্বা তাব হৈরবা-হৈনগ্রবা, সিন্ধুদেশদা পোক্‌পা শগোলশিং অদু থৌজিল্লকই ॥২২॥ মহারাজ! ইন্দ্রগী রথগী শগোলশিংনা অদুগুম্‌বা, ইন্দ্রবু দৈত্যদানবশিংগী লালকম্‌দা পুশিল্লক্‌পদুগুম্বা শগোলশিং অদুনা সাত্যকিবু লালকম্ ময়ায়দা পুশিল্লকই ॥২৩॥ সাত্যকিনা সুংশিংকী মমাঙ্‌থানা পাইশিল্লক্‌পসি উবদা সোমদত্তসু পুক্নীংদা অথুকপা অকিবা লৈতনা সাত্যকি তম্না ফুজিল্লকই ॥২৪॥ সোমদত্তনা তেন্তনা নোংচুবগুম্ অতৎ অথম্ লৈতনা সাত্যকিদা কাপ্‌শিন্ কাপ্‌শিন্না চঙশিল্লক্লুনা সাত্যকিগী মশাবু তেম্না পূময়োম্ য়োম্‌হন্‌খ্রে ॥২৫॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ! সাত্যকিসু খোঙ্‌কম্ নামত হন্দোক্তনা কাপ্‌শিল্লক্লুনা সোমদত্তগী মশাপূম্বা তেম্না পূময়োম্ য়োম্‌হন্‌খ্রে ॥২৬॥

মহারাজ! মতম অদুদা সোমদত্তনা সাত্যকিগী মথবাক্তা থৌরবা তেল হুমফুনা থাখি। সাত্যকিনসু সোমদত্তদা থৌরথৌরবা তেম্না কম্না থাজিন্‌খি ॥২৭॥ নিপা অথোইবা সাত্যকি সোমদত্ত অনী অসি অমগমগ ঈহংনাইহং শাম্নহন্দুনা মখোয় অনীমক্ বসন্তগী মতমদা ভাঙলবা মপাম্বা ৎল্লবা কুরাও পাম্বী অনীগী মতৌঙম্ নীঙথিজখি ॥২৮॥ সাত্যকি-সোমদত্ত অনীগী মশা অদু ঈনা পূমলুপ লুপ্‌খ্রে। মখোয় অনীমক্ অমনা অমদা ঈ কারবা মমীৎ মমীৎনা চাথোক্কদবা

রথমণ্ডলমার্গেষু চরন্তাবরিমর্দ্দনৌ ।
ঘোররূপৌ হি তাবাস্তাং বৃষ্টিমন্তাবিবাম্বুদৌ ॥৩০॥
শরসংভিন্নগাত্রৌ তৌ সর্ব্বতঃ শকলীকৃতৌ ।
শ্বাবিধাবিব রাজেন্দ্র ! দৃশ্যেতাং শরবিক্ষতৌ ॥৩১॥
সুবর্ণপুঙ্খৈরিষুভিরাচিতৌ তৌ ব্যরাজতাম্ ।
খদ্যোতৈরাবৃতৌ রাজন্ ! প্রাবৃষীব বনস্পতী ॥৩২॥
সম্প্রদীপিতসর্ব্বাঙ্গৌ সায়কৈস্তৌ মহারথৌ ।
অদৃশ্যেতাং রণে ক্রুদ্ধাবুল্কাভিরিব কুঞ্জরৌ ॥৩৩॥
ততো যুধি মহারাজ ! সোমদত্তো মহারথঃ ।
অর্দ্ধচন্দ্রেণ চিচ্ছেদ মাধবস্য মহদ্ধনুঃ ॥৩৪॥
অথৈনং পঞ্চবিংশত্যা সায়কানাং সমার্পয়ৎ ।
ত্বরমাণস্ত্বরাকালে পুনশ্চ দশভিঃ শরৈঃ ॥৩৫॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় সাত্যকির্বেগবত্তরম্ ।
পঞ্চভিঃ সায়কৈস্তূর্ণং সোমদত্তমবিধ্যত ॥৩৬॥
ততোঽপরেণ ভল্লেন ধ্বজং চিচ্ছেদ কাঞ্চনম্ ।
বাহ্লীকস্য রণে রাজন্ ! সাত্যকিঃ প্রহসন্নিব ॥৩৭॥
সোমদত্তস্ত্বসংভ্রান্তো দৃষ্ট্বা কেতুং নিপাতিতম্ ।
শৈনেয়ং পঞ্চবিংশত্যা সায়কানাং সমাচিনোৎ ॥৩৮॥
সাত্বতোঽপি রণে ক্রুদ্ধঃ সোমদত্তস্য ধন্বিনঃ ।
ধনুশ্চিচ্ছেদ সমরে ক্ষুরপ্রেণ শিতেন হ ॥৩৯॥
অথৈনং রুক্মপুঙ্খানাং সতেনানতপর্ব্বণা ।
আচিনোদ্বহুধা রাজন্ ! ভগ্নদংষ্ট্রমিব দ্বিপম্ ॥৪০॥

---

য়েংনখি ॥২৯॥ য়েরুবা নৈহৎপা ওয়রবা অনী অসি, রথমথক্তা কোয়চৎ চৎলহনা, মশীঙ লাক্কৃওমজ্রবা নোং মরী মরীবু শিন্থহল্লবা মুমবা নোং মতুম অনীওম্ অকিবা কংলবা মূর্তি লৌথ্রে ॥৩০॥ নিংথৌ অথোইবা ! মশাপুম্বদা তেন্না চপ্ চপ্ মুংহনা লৈরবা, মথোঙ মথুং ঈহং নাইহং শানা হোগায় খিনগাইরবা, শাউবনা মমীৎ ঈমুক্ ওাওনরবা অনী অসি চিন্নোক্লবা শথৌ অনীওম্ উনখি ॥৩১॥ মহারাজ ! সনানা তৈনুমৈ পান্নবা তেন্না মশাপুম্বা থুরক্ হাওদনা কৃপরবা সাত্যকি-সোমদত্ত অনীনি । অদুনা মথোয় অনীসি য়েংবদা নোংজুপান্থাগী অমম্বদা হৌবা, তন্দন্না ঊনায়ক্ত কুপকেৎ কাকেৎ তৌবা ঊনা পুংলবা, রাং চাউরবা উপান্বী অনীওম্ উখি ॥৩২॥ তেলগী শরুক্ অয়াম্বনা হকচাং মুংদা থূম্না য়েশিনপ্রগা সনাগী তেনমৈনা মথক্তা খিন্দোক্-খিন্দোক্তুনা লৈবহুদা মাগী মশাসি ওহাকওহাক্ তওপ্ তরেংনা কুকেৎ কাকেৎ ওাম্বোক্লরকই ॥৩৩॥ মহারাজ ! ওহাক্ লৈরগা সোমদত্তনা সাত্যকিগী লীরুং অদু ময়ায়থীগাংদা থামচেৎ শাবা তেল অমনা থবৎ ককথৎখি ॥৩৪॥ মরক্ অদুদা, অতোপ্পা লীরুং পায়থৎপা নংত্রিতৈদা সোমদত্তনা সাত্যকিদা থৌরবা তেল কুনমঙানা কপ্পা থাখি । অদুদগী অমুক্ তেল্ তরা নোংচিহুন্নি ॥৩৫॥ অদুগী তু দা খুৎলৈ থ.রবা সাত্যকিনা লীরুং অমা তন্নৌ-লৌথৎতুনা তেল্ য়াঙথৈবু অমুক্তদা কাপ্থোরকপা ওইনা কাপ্শিল্লকৃতুনা সোমদত্তদা কপ্পা শাখিনঃ থাখি ॥৩৬॥ মহারাজ ! অদুদগী সাত্যকিনা নোক্পা নোক্পা তামচীনশাবা তেল্ অমনা সোমদত্তগী ফিরাল অদু ককথৎখি ॥৩৭॥ ফিরাল্ অদু ককথৎপ্রবস্থ সোমদত্তনা খোঙকম্ নামত লেওদনা লৈহুনা তেল্ কুনমঙাথক্ সাত্যকিদা থ.ম্না থাখি ॥৩৮॥ সাত্যকিনা শাউদুনা ক্ষুরমচীন শাবা তেল্ অমনা সোমদত্তগী লীরুং অদুবু থুহম্ মথক্তা ককথৎখি ॥৩৯॥ অদুদগী মহারাজ ! সাত্যকিনা সনানা তেনমৈ পানবা থৌরবা তেল্ চামনা, লীরুং য়াওহ্রবা সোমদত্তদা কপ্পা থাখি ॥৪০॥

অথাভ্যদ্রবদ্রাজন্ সোমদত্তো মহারথঃ। সাত্যকিং ছাদয়ামাস শরবৃষ্ট্যা মহাবলঃ ॥৪১॥
সোমদত্তস্ত সংক্রুদ্ধো রণে বিব্যাধ সাত্যকিঃ। সাত্যকিং শরজালেন সোমদত্তোঽপ্যপীড়য়ৎ ॥৪২॥
দশভিঃ সাত্বতস্যার্থে ভীমোঽহনৎ বাহ্লিকাত্মজম্। সোমদত্তোঽপ্যসংভ্রান্তং শৈনেয়মবধীচ্ছরৈঃ ॥৪৩॥
ততস্তু সাত্বতস্যার্থে ভীমসেনো নবং দৃঢ়ম্। মুমোচ পরিঘং ঘোরং সোমদত্তস্য বক্ষসি ॥৪৪॥
তমাপতন্তং বেগেন পরিঘং ঘোরং ঘোরদর্শনম্। দ্বিধা চিচ্ছেদ সমরে প্রহসন্নিব কৌরবঃ ॥৪৫॥
স পপাত দ্বিধা ছিন্ন আয়সঃ পরিঘো মহান্। মহাধরস্যেব মহচ্ছিখরং বজ্রদারিতম্ ॥৪৬॥
ততস্তু সাত্যকী রাজন্! সোমদত্তস্য সংযুগে। ধনুশ্চিচ্ছেদ ভল্লেন হস্তাবাপঞ্চ পঞ্চভিঃ ॥৪৭॥
চতুর্ভিশ্চ শরৈস্তূর্ণং চতুরস্তুরগোত্তমান্। সমীপং প্রেষয়ামাস প্রেতরাজস্য ভারত। ॥৪৮॥
সারথেশ্চ শিরঃ কায়াত্তল্লেনানতপর্ব্বণা। জহার নরশার্দ্দূলঃ প্রহসন্ শিনিপুঙ্গবঃ ॥৪৯॥
ততঃ শরং মহাঘোরং জ্বলন্তমিব পাবকম্। মুমোচ সাত্বতো রাজন্! স্বর্ণপুঙ্খং শিলাশিতম্ ॥৫০॥
স বিমুক্তো বলবতা শৈনেয়েন শরোত্তমঃ। ঘোরস্তস্যোরসি বিভো! নিপপাতাশু ভারত। ॥৫১॥
সোঽতিবিদ্ধো মহারাজ! সাত্বতেন মহারথঃ। সোমদত্তো মহাবাহুর্নিপপাত মমার চ ॥৫২॥
তং দৃষ্ট্বা নিহতং তত্র সোমদত্তং মহারথম্। তাবকাঃ শরবর্ষেণ যুযুধানমুপাদ্রবন্ ॥৫৩॥

---

অংদগী থোইনা কল্লবা সোমদত্তনা অতোপ্পা লীক্লং অম থূনা য়াঙনা পায়থত্তুনা তেল মনম্ মনম্ কাপশিল্লকত্তুনা সাত্যকিগী মশাদ্ধ অমুক পুময়োম্ য়োমখ্রে। সাত্যকিদা সোমদত্তনা চৈনা কল্ল পীরক্রে ॥৪২॥ মতম্ অসিদা ভীমনা হোৎচিল্লকত্তুনা সাত্যকিগী মতেং পাংদুনা থৌরবা তেল ভরানা সোমদত্তদ থাখি। সোমদত্তসু খোঙকম্ লেঙদনা চৈত্থনা সাত্যকিদা নম্ন নম্না থাজিল্লকৃই ॥৪৩॥ অদুগী তুংদা ভীমসেননা সাত্যকিগী ওইননব হায়দুনা সোমদত্তগী মথবাক্ তম্না কল্লবা, চাউরবা, লুম্লবা নুংশুক অম লংশিল্লকই ॥৪৪॥ নুংশুক (গদা) অদুনা পাইশিল্লকপা উবদা সোমদত্তনা নোক্ল নোক্ল য়েচ্ছুক্ অদুবু মরায় থীগাংদা তেল্লা অনীথোক্লা কক্থত্তুনা থাদখি ॥৪৫॥ মতম্ অদুদা মতেক অনী অদু বজ্রনা কবশ্রবা চীঙজাও অনীনা তৌথক্ষম্ লৈমায় থক্তা তাদুনা লৈখি ॥৪৬॥ মহারাজ! সাত্যকিনা তা মচীন্ শাবা তেল অমনা সোমদত্তগী লীক্লং অদু কক্থৎখি ॥৪৭॥ ভরতনন্দন! সাত্যকিনা থৌরবা তেল মরিনা সোমদত্তগী শগোল মরি অদু যমালয়দা থাখি ॥৪৮॥ নিপা অথোইবা সাত্যকিনা, মতম্ অদুদা থৌরবা তেল অমনা মাগী সারথিগী মন্তকপু মশাদগী তোঙান্ন তাহনখি ॥৪৯॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা সাত্যকিনা সনানা পুমৃলং কংনা তেম্নে পাল্লবা, য়োথৌনা মচীন্দ তোপ্লবা, মৈগী মতৌগুম্না মচীন্দ মৈরি থোক্লা চাক্লবা, অকিবগী মশক ওইরবা তেল অম কাপথোরকই ॥৫০॥ মহারাজ! সাত্যকিনা কাপথোকখিবা অকিবগী মশক ওইরবা তেল অদুনা অমুকসু সোমদত্তগী মথবাক্তা থূম্ন নৈশিন্খি ॥৫১॥ মহারাজ! তেল অদুনা পান্বদা মপান্থোম চাউরবা কল্লবা সোমদত্ত অসি লৈমায়থক্ত তুথখি ; ভহাক্লৈরগা মথাই থাপ্রে ॥৫২॥ মতম অদুদা, সোমদত্ত হাৎখিবসি উবদা কৌরব লাম্নী পুম্না শাউবনা

ছাদ্যমানং শরৈর্দৃষ্ট্বা যুযুধানং যুধিষ্ঠিরঃ। মহত্যা সেনয়া সার্দ্ধং দ্রোণানীকমুপাদ্রবৎ ॥৫৪॥
ততো যুধিষ্ঠিরঃ ক্রুদ্ধস্তাবকানাং মহাবলম্। শরৈর্বিদ্রাবয়ামাস ভারদ্বাজস্য পশ্যতঃ ॥৫৫॥
সৈন্যানি দ্রাবয়ন্তন্তু দ্রোণো দৃষ্ট্বা যুধিষ্ঠিরম্। অভিদুদ্রাব বেগেন ক্রোধসংরক্তলোচনঃ ॥৫৬॥
ততঃ সুনিশিতৈর্বাণৈঃ পার্থং বিব্যাধ সপ্তভিঃ। যুধিষ্ঠিরোঽপি সংক্রুদ্ধঃ প্রতিবিব্যাধ পঞ্চভিঃ ॥৫৭॥
সোঽতিবিদ্ধো মহাবাহুঃ সৃক্কণী পরিসংলিহন্। যুধিষ্ঠিরস্য চিচ্ছেদ ধ্বজং কার্ম্মুকমেব চ ॥৫৮॥
স ছিন্নধন্বা ত্বরিতস্ত্বরাকালে নৃপোত্তমঃ। অন্যদাদত্ত বেগেন কার্ম্মুকং সমরে দৃঢ়ম্ ॥৫৯॥
ততঃ শরসহস্রেণ দ্রোণং বিব্যাধ পার্থিবঃ। সাশ্বসূতধ্বজরথং তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৬০॥
ততো মুহূর্ত্তং ব্যথিতঃ শরপাতপ্রপীড়িতঃ। নিষসাদ রথোপস্থে দ্রোণো ভরতসত্তম! ॥৬১॥
প্রতিলভ্য ততঃ সংজ্ঞাং মুহূর্ত্তাদ্দ্বিজসত্তমঃ। ক্রোধেন মহতাবিষ্টো বায়ব্যাস্ত্রমবাসৃজৎ ॥৬২॥
অসংভ্রান্তস্ততঃ পার্থো ধনুরাকৃষ্য বীর্য্যবান্। ততস্তদস্ত্রমস্ত্রেণ স্তম্ভয়ামাস ভারত!।
চিচ্ছেদ চ ধনুর্দীর্ঘং ব্রাহ্মণস্য চ পাণ্ডবঃ ॥৬৩॥
ততোঽব্রবীদ্বাসুদেবঃ কুন্তীপুত্রং যুধিষ্ঠিরম্। যুধিষ্ঠির! মহাবাহো! যথাং বক্ষ্যামি তচ্ছৃণু ॥৬৪॥

---

মৈ হোদুনা পুল্লপা সাত্যকি তম্না চেন্‌শিল্লকই ॥৫৩॥ সাত্যকি অসি তেন্না পুমমোম্ য়োম্‌থিবগু উবদা যুধিষ্ঠিরনা চাউরবা লান্মী মপৈ অমগা লোয়নননা দ্রোণ তম্না ফুজিল্লকই ॥৫৪॥

অদুগী তুংদা শাউরবা যুধিষ্ঠিরনা তেল মনম্-মনম্ কাপ্‌শিল্লক্লনা দ্রোণগী মাঙ্‌মজন্দ কৌরব লান্মীশিংবু নৈর হোরকলে ॥৫৫॥ যুধিষ্ঠিরনা লান্মীশিংবু নৈরকপহ উবদা দ্রোণ অসি মমীত্ত ঈ কাঁদুনা যুধিষ্ঠির তম্না ফুজিল্লকই ॥৫৬॥ অদুগী তুংদা থৌরবা তেল তরেৎনা দ্রোণনা যুধিষ্ঠিরদা শাথিনা থাখি। মতম্ অদুদা যুধিষ্ঠিরসু অশাউবগা লোয়নননা থৌরবা তেল মঙানা দ্রোণদা শাথিনা থাখি ॥৫৭॥ কল্লবা দ্রোণাচার্য্যনা য়াম্না শাথিনা চৈনা-খোল কংলবদুদা, মন্না ক্রেক্-ক্রেক্ চীক্লনা, মচীনবান্ লেক্লনা যুধিষ্ঠিরগী লীরুং অমদি কিয়ালবু ককথৎখি ॥৫৮॥ লীরুং কক্‌থবদুদা নিংথৌ অথোইবা যুধিষ্ঠির অসি য়াম্না থুনা য়াঙনা লীরুং অম লোখৎখি ॥৫৯॥ অদুগী তুংদা যুধিষ্ঠিরনা মশীং লাকপমদবা তেল মনম্-মনম্ কাপ্‌শিল্লক্লনা দ্রোণগী শগোল রথ সারথী, কিয়াদা কম্ন কম্ন থারগা দ্রোণদসু অকনবা চৈনাথোল পীখি। মাদুমক অউবশিংগী মমীত্ত অঙকপা থৌদোক অম ওইনা থোকখি ॥৬০॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা! অদুগী তুংদা দ্রোণ অসি যুধিষ্ঠিরগী তেন্না পানদুনা জ্ঞান তাদনা ডঙাক ভুমিন্ন রথ মথক্ত কমদুনা লৈখি ॥৬১॥ অদুগী তুংদা মীকূপ অমগী তুংদা জ্ঞান তারক্লনা অশাউবনা মৈ হৌখিদুনা মুংশিংকী তেল (বায়ব্যাস্ত্র) কাপলকই। ॥৬২॥ ভরতনন্দন! অদুগী মতুংদা কল্লবা-থৌরবা যুধিষ্ঠিরনা খোঙকম্ নামত্ত লেঙদনা লীরীবু নাকোং মরু কংনা চিংদুনা শৈলাস্ত্র (চীঙগী-তেল) কাপলকদুনা দ্রোণগী বায়ব্যাস্ত্র অদুবু থিংদুনা থমখি। অদুদগী যুধিষ্ঠিরনা দ্রোণগী লীরুং অহুবু ককথৎখি ॥৬৩॥ অদুগী তুংদা, কৃষ্ণনা কুন্তী-নন্দন যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রকই ঃ—"অকনবা, নিংথৌ! ঐ-না-অমত্ত হায়রখিগে অমুক্ত তাখিবো"

উপারমস্ব যুদ্ধে ত্বং দ্রোণাত্তরতসত্তম।। গৃধ্যতে হি সদা দ্রোণো গ্রহণং তব সংযুগে ।৬৫।
নানুরূপমহং মন্যে যুদ্ধমস্য ত্বয়া সহ। যোঽস্য সৃষ্টো বিনাশায় স এবৈনং হনিষ্যতি ।৬৬।
পরিবর্জ্য গুরুং যাহি যত্র রাজা সুযোধনঃ। রাজ্ঞা রাজা হি যোদ্ধব্যো নারাজ্ঞা বধমিষ্যতে ।৬৭।
তত্র ত্বং ব্রজ কৌন্তেয়। হস্ত্যশ্বরথসংবৃতঃ। যাবন্মাত্রেণ চ ময়া সহায়েন ধনঞ্জয়ঃ।
ভীমশ্চ রথশার্দ্দূলো যুধ্যতে কৌরবৈঃ সহ ।৬৮।
বাসুদেববচঃ শ্রুত্বা ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ। মুহূর্ত্তং চিন্তয়িত্বা তু ততো দারুণমাহবম ।৬৯।
প্রায়াদ্দ্রুতমমিত্রঘ্নো যত্র ভীমো ব্যবস্থিতঃ। বিনিঘ্নংস্তাবকান্ যোধান্ ব্যাধিতাস্য ইবান্তকঃ ।৭০।
রথঘোষেণ মহতা নাদয়ন্ বসুধাতলম্। পর্জন্য ইব ঘর্ম্মান্তে নাদয়ন্ বৈ দিশো দশ ।৭১।
( বিশেষকম্ )
ভীমস্য নিঘ্নতঃ শত্রূন্ পার্ষ্ণিং জগ্রাহ পাণ্ডবঃ। দ্রোণোঽপি পাণ্ডুপাঞ্চালান্ ব্যধমদ্রজনীমুখে ।৭২।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে সোমদত্তবধে একচত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।০।

——:x:——

---

॥৬৪॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা! দ্রোণগা অমুক শোক্নবিরুগনু। মরমদি দ্রোণ হায়বসে ময়াম্নুংবু অমুক্তং কাগে হায়না শেন্নরিবনি ॥৬৫॥ অত্তুনা মহাক্না অমুক মথা তানা শোক্নবসে চুমদমাল্লে হায়না খল্লি। বিধাতানা মাবু হাৎননবগী দমক্ত শেম্খিবা মীশক অত্তুনা মাবু হাৎকনি ॥৬৬॥ মরম অত্তনা মহারাজ! দ্রোণবু থাদোকলম্মগা দুর্য্যোধননা লৈরিবা মায়পৈ অসোম্দা থ্ৎনা য়াঙনা লেংবিয়ো। মরমদি নিংথৌগা নিংথৌগা লাল্শোক্লে। নিংথৌনা নিংথৌনত্তবগা থেংনবসি কয়া ফজদে, চোপ্পি ॥৬৭॥

কুন্তীনন্দন! ঐগা লোয়নননা অর্জ্জুনগা ভীমগা অনীনা কৌরবশিংগা শোক্নরিঙৈ মতমসিদা শগোল শামু রথীশিংনা ঈকোয় কোয়শিন্দুনা মহারাজনা দুর্য্যোধননা লৈরিবা মায়গৈ আসোমদা থ্ৎনা য়াঙনা লেঙবিখিত্নুনা মহাক্না লান্থেংনবিরু ॥৬৮॥ কৃষ্ণগী ৱাসি তাবদা য়েক্নবা ওস্না ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা, ওহাক্তং বিচার তৌরগা, ভীমসেননা কৌরব লান্মীশিংবু নৈহৎতুনা থেংনরিবা অত্তুগা যমরাজগী মতৌগুম্না অকিবগী মশক্ পুত্তুনা য়েক্নবমরক্ত লৈরিবা মায়গৈ অদোমদা চৎখি। ওলাংথানা লোয়রবদা নোংনা মায়গৈ মরি ঙংঙংতুনা পাইরকপন্তুগুম্না যুধিষ্ঠিরনা লান্মী তেঙ্গোল মপৈ অত্তুনা লালকম্ অত্ত পূমনিল নিলহন্দুনা দুর্য্যোধননা লৈরিবা মায়গৈ অত্ত তম্ন চঙশিনখি ॥৬৯-৭০॥ ভীমসেননা য়েক্নবশিংগা কম্ন থেংনদুনা লৈবা মতম্তুমক্তদা যুধিষ্ঠির অসি ভীমগী তুংদা মতুংদা থ্ংঙ্রে। অসোমদা দ্রোণস্ত অহিংগী অহানবা শরুক্ য়ৈশিল্লক্নবত্তুদা পাণ্ডবলান্মীশিংবু নংহৌরয়োই হায়বগী মতৌগুম্ নৈবা হৌরকলে॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা সেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা "ঘটোৎকচবধগী" মসুংদা "সোমদত্তবধগী" চামনিফুমাথোইগুবা অধ্যায় লোইরে।

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বিচত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

### চামনিফুনিথোইশুবা অধ্যায় ।

( "ঘটোৎকচবধ"গী মতুংদা লাল্কম্দা খাউমৈ থাংগৎপা )

### সঞ্জয় উবাচ

বর্ত্তমানে তথা যুদ্ধে ঘোররূপে ভয়াবহে । তমসা সংবৃতে লোকে রজসা চ মহীপতে ! ।
নাপশ্যন্ত রণে যোধাঃ পরস্পরমবস্থিতাঃ ।১।
অনুমানেন সংজ্ঞাভির্যুদ্ধং তদ্বৃতে মহৎ । নরনাগাশ্বমথনং পরমং লোমহর্ষণম্ ।২।
দ্রোণকর্ণকৃপা বীরা ভীমপার্ষতসাত্যকাঃ । অন্যোন্যং ক্ষোভয়ামাসুঃ সৈন্যানি নৃপসত্তম ! ।৩।
ধ্বাযমানানি সৈন্যানি সমন্তাত্তৈর্মহারথৈঃ । তমসা রজসা চৈব সমন্তাদ্বিপ্রদুদ্রুবুঃ ।৪।
তে সর্ব্বতো বিদ্রবন্তো যোধা বিত্রস্তলোচনাঃ । অহন্যন্ত মহারাজ ! ধাবমানাশ্চ সংযুগে ।।৫।।
মহারথসহস্রাণি জঘ্নুরন্যোন্যমাহবে । অন্ধে তমসি মূঢানি পুত্রস্য তব মন্ত্রিতৈঃ ।।৬।।
ততঃ সর্বাণি সৈন্যানি সেনাগোপাশ্চ ভারত ! । অমুহ্যন্ত রণে তত্র তমসা সংবৃতে সতি ।।৭।।

---

সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ ! মতৌ অসুম্না লাঞ্জাও অদুনা চথরক্লবদা, অমম্বগা উফূলগনা লালকম্ অদু পুম্নম্ মমথ্রে । লান্মীশিং অদু অমগ-মগ মশক্ উনথিদ্রে ॥১॥ অমগ-মগ লাউনরকপা খোম্থাং অদুদা, অদুগা মমিং মথা মরক-মরক্ত লাউনরকৃপদুনা অনুমানতনা মাগী মীগী মীচঙনি হায়না খল্লদুনা হকথেংননা শোরুখি । শগোল শামু খোঙমী কয়া-কয়ানা মখোয় মশেল মীচঙ্ কাওবা অমনা অমবু নৈথত্তুনা হাৎনরকলি ॥২॥ নিংথৌ অথোইবা ! কুরুগী পক্ষদা দ্রোণ, কর্ণ, কৃপ অদুগা পাণ্ডবকী পক্ষদা ভীম, ধৃষ্টদ্যুম্ন, সাত্যকি মখোয়সিনা মাগী মাগী য়েক্লবা কাণ্ডবুগী লান্মীশিংবু নৈহৎপা হৌরকলে ॥৩॥ মহারথীশিংনা অসুম্না হাৎনরক্লবদা, অমরোমদা হায়রগা শিব কিবদগী, অমরোমদনা অমম্বগা উফূলগনা মশক্ উনথিদবদগী পক্ষ অনীমক্কী লান্মীশিংদু কায়থুনা চেম্নরে ॥৪॥

মহারাজ ! মতম্ অসিদা লান্মীশিং অসি কিমন্থিদুনা মপূক্লিংদা তপথবা লৈতনা অমদগী অমদ চেম্থোক্ চেন্শিন্ তৌবদা, অমগ অমগা থেংনদুনা মথ্বাই থানথি ॥৫॥ মহারাজ ! মহারাজগী কুমন্ত্রণাগী মহৈনা, শূক্লা মম্থ্রবা অহিং অদুদা তৌগদবা তৌরোইদোবা অমত্ত মকম্ খণ্ডখিদ্রবা মহারথীশিং অদুনা মাগী মীচঙলা মীগী মীচঙলা হায়ব অমত্ত খঙনদনা অকং অকং পঙহাত্ত হাৎনরক্লি ॥৬॥ ভরতনন্দন ! অদুগী তুংদা লালকম্ অদু অমম্বনা কুপথ্রবদা অদুক্

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

তেষাং সংলোড্যমানানাং পাণ্ডবৈর্নিহতৌজসাম্। অন্ধে তমসি মগ্নানামাসীৎ কা বো মতিস্তদা ॥৮॥
কথং প্রকাশস্তেষাং বা মম সৈন্যস্য বা পুনঃ বভূব লোকে তমসা তথা সঞ্জয়! সংবৃতে ॥৯॥

## সঞ্জয় উবাচ।

ততঃ সর্ব্বাণি সৈন্যানি হতশিষ্টানি যানি বৈ। সেনাগোপ্তৄনথাদিশ্য পুনর্ব্যূহমকল্পয়ন্ ॥১০॥
দ্রোণঃ পুরস্তাজ্জঘনে তু শল্যস্তথা দ্রৌণিঃ পার্শ্বতঃ সৌবলশ্চ।
স্বয়ন্তু সর্ব্বাণি বলানি রাজন্! রাজাভ্যয়াদ্গোপয়ন্ বৈ নিশায়াম্।
উবাচ সর্ব্বাংশ্চ পদাতিসংঘান্ দুর্য্যোধনঃ পার্থিব! সান্ত্বপূর্ব্বম্ ॥১১॥
উৎসৃজ্য সর্ব্বে পরমায়ুধানি গৃহ্নীত হস্তৈর্জ্বলিতান্ প্রদীপান্।
তে চোদিতাঃ পার্থিবসত্তমেন ততঃ প্রহৃষ্টা জগৃহুঃ প্রদীপান্ ॥১২॥
সা ভূয় এব ধ্বজিনী বিভক্তা ব্যরোচতাগ্নিপ্রভয়া নিশায়াম্।
মহাধনৈরাভরণৈশ্চ দিব্যৈঃ শস্ত্রৈশ্চ দীপ্তৈরভিসংপতদ্ভিঃ।
ক্ষণেন সর্ব্বে বিহিতাঃ প্রদীপাঃ প্রাদীপয়ংশ্চ ধ্বজিনীং তবাশু ॥১৩॥
সর্ব্বাস্তু সেনা ব্যতিসেব্যমানাঃ পদাতিভিঃ পাবকতৈলহস্তৈঃ।
প্রকাশমানা দদৃশুর্নিশায়াং যথান্তরীক্ষে জলদাস্তড়িদ্ভিঃ ॥১৪॥

---

য়াম্বা লান্মীশিং অহু তৌকম্ থগুওকত্রে ॥৭॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! ঐগী কৌরব লান্মী-শিংনা শূরা মম্নবহুদা ভাহুনা লৈরি। মতম্ অহুদা পাণ্ডবশিংনা মথোয়গী তেজ মাগুহন্দুনা কৌরব লান্মীশিংবু নৈখায়রি হায়না নংনা লৌরি। অহুওইরবদি অউব নথোয়গী নপুক্লিংহু কমদৌখি? ॥৮॥ জগৎ পূম্বা পূম্মম্ মম্থ্রবদা মথোয়হু শক্ ঈথগুথগুনা পগুশোক্ত শোক্লম্নিত্রা? নত্রগা শক্ থগুননা শোক্লবা হৌরবদি কদায়দগী মৈগুাল লৌহুনা শোক্লখি মহু লীয়ু ॥৯॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! হাৎপ্রবা ভুংদা লৈহৌরিবা লান্মীশিং অহুনা সেনাপতিগী য়াথংদগী ব্যূহ (বেহু) শেম্ শানখি ॥১০॥ মহারাজ বেহু অহুগী মাগুদা দ্রোণ, ময়ায় চবুক্ত শল্য, নাকল য়েৎলোম্ ওয়রোম্দা অশ্বত্থামা অমদি শকুনি লৈ। মরক অহুদা লৈরিবা লান্মী পূম্নমকপু দুর্য্যোধননা খোগুমী লান্মীশিং অহুদা অথোৎপা রাহৈনা অস্নুম্না হায়রকই ॥১১॥ "খোগুমী লান্মী অকনবশা! নংগী নংগী থুৎলায় থাদোক্লহুনা নথুত্তা মৈরা অমমম্ পায়খৎলু" দুর্য্যোধননা অস্নুম্না য়াথং পীরক্লবদা লান্মীশিংহুনা থুংলায় থাদোক্লহুনা মৈরা অমমম্ পায়খৎনরকই ॥১২॥ অহুদগী মচোই মচোই তোগুাল তোগুাল লেপ্পরবা লান্মীশিং অহু, মৈগী মগুাল, মগুান্দুনা য়ৈবদা সনা লুপান চিংবনা হুৎলবা লৈতেং ফিজোলশিংহুগী মগুাল, লৈমায়থক্তা থাদহুনা থমলিবা লংলবা থুংলায়-শিংহুগী মগুায়া অমগমগ পূমলং লংনা, ময়েক্ লানা ঙায়খি। অস্নুম্ তৌহুনা, থাংগৎ চুখৎনরকলিবা মৈরাশিং অহুনা মথোয় মশা মশাহু পূম্গুাল ঙায়া উনখি ॥১৩॥

খোগুমী লান্মীশিং অহু মথুত্তা মৈরা পায়র পায়রহুনা অমগী মতুংদা অম, অস্নুম্না পঙেং শানা চৎনরক্লি। নোংমদোম্বক্ত নোংথাং কূপ্লকৃলগা নোং মতূম মতূমবু ময়েক্ লানা লানা

প্রকাশিতায়াস্ত ততো ধ্বজিন্যাং দ্রোণোঽগ্নিকল্পঃ প্রপতন্ সমন্তাৎ।
নরাজ রাজেন্দ্র। সুবর্ণবর্ম্মা মধ্যং গতঃ সূর্য্য ইবাংশুমালী ॥১৫॥
জাম্বুনদেষ্বাভরণেষু চৈব নিষ্কেষু শুদ্ধেষু শরাসনেষু।
পীতেষু শস্ত্রেষু চ পাবকস্য প্রতিপ্রভাস্তত্র ততো বভূবুঃ ॥১৬॥
গদাশ্চ শৈক্যাঃ পরিঘাশ্চ শুভ্রা রথেষু শক্ত্যশ্চ বিবর্ত্তমানাঃ।
প্রতিপ্রভারশ্মিভিরাজমীঢ়! পুনঃ পুনঃ সংজনয়ন্তি দীপান্॥১৭॥
ছত্রাণি বালব্যজনানি খড়্গা দীপ্তা মহোল্কাশ্চ তথৈব রাজন্!।
ব্যাঘূর্ণমানাশ্চ সুবর্ণমালা ব্যায়চ্ছতাং তত্র তদা বিরেজুঃ ॥১৮॥
শস্ত্রপ্রভাভিশ্চ বিরাজমানং দীপপ্রভাভিশ্চ তদা বলং তৎ।
প্রকাশিতস্ত্বাভরণপ্রভাভির্ভৃশং প্রকাশং নৃপতে! বভূব ॥১৯॥
পীতানি শস্ত্রাণ্যসৃগুক্ষিতানি বীরাবধুতানি তনুচ্ছদানি।
দীপ্তাং প্রভাং প্রাজনয়ন্ত তত্র তপাত্যয়ে বিদ্যুদিবান্তরীক্ষে ॥২০॥
প্রকম্পিতানামভিঘাতবেগৈরভিঘ্নতাঞ্চাপততাং জবেন।
বক্ত্রাণ্যকাশন্ত তদা নরাণাং বায়্বীরিতানীব মহাম্বুজানি ॥২১॥

---

ওহাক্ ওহাক্ উহৌবদুগুম্না লান্মীশিং অদো অমগমগ ওহাক্ ওহাক্ উনহৌরি ॥১৪॥ নিংথৌ অথোইবা! লান্মীশিং অদু অসুম্না ভাংনরক্লবদা সনানা হৎলবা কবচ লীৎপা মৈগী মতৌগুম্না তেজ লৈরবা, মকম্ খুদিং য়োনা লাল্ শোক্লারবা, দ্রোণ অসি নোংমদোম্বক্লা গ্রহ পুম্বগী মঙালবু য়েঁথত্ত্না মথক্ত ভানবা সূর্য্যদেবগুম্ থোইনা আকিব ফংনা নীঙথিজথি ॥১৫॥ সনাতনা শাবা থবাক্ ফা, সনাতনা শাবা অতৈ অতৈ লৈতেং, সনানা মরক মরক্ত হাজং য়ৈরবা লীকং, অদুগা খুৎশু খুৎলায় খিবিক্লা মৈরাশিংগী মমি অদুনা মঙালগা লোয়নননা অমুক্ তগুপ্ তরে'না তারি ॥১৬॥ আজমীঢ়গী শাগৈদা পোক্পিরবা মহারাজ! ইস্পাতনা পুমহৈ ওইনা শারবা গদা, ভৌরুননা লংলবা য়োচ্ছুক্, রথ মথক্ত য়ুংহুনা খিল্লবা তা, মখোয়াসদা ভাবা মৈরাগী মঙাম্না অমুক হেন্না ভানখিহুনা লান্মীশিংহুগী থাউমৈ ওইনরি ॥১৭॥ মহারাজ! লাম্ফেংনগদবগী থোরক্লবা অকন্‌বশিংহুগী ছত্র, চামর, কবাকথাঙ্, হুন্নতা, খুৎলায়শিং অদুদা হাই হুন্না মালাগুম্ য়াল্লিবা শনরীক্শিংহুনা থাউমৈ অমমমগী মতৌগুম্না মঙাল পীরি ॥১৮॥ মহারাজ! খুৎলায়গী মঙাল, থাউমৈ মৈরাগী মঙাল, অদুগী হাইরিবা লৈতেংশিং অসিগী মঙাম্না কৌরব লান্মীশিং অদু ঈঙান ভাম্ন উনথ্রে ॥১৯॥ ঈনা পুমলং লংনা তৈরবা খুৎলায়, অকন্‌ব-শিংহুগী মশাদা কূপ্লিবা হাইহুমলিবা লংল লংলবা ফীজোল, মখোয়সিনা মৈগী মঙানগা অমত ওইমিন্নখিহুনা থাউমৈ অমমমগী মশক্ ওইখি ॥২০॥

মতম অসিদা লান্মীশিংগী মায়থোং অমমম্না, থানগুনরক্পদগী থক থক নীরুরকপগুদা অমগমগা হাইদোক হাইজিন তৌনবহুদা, গুংশিংনা ফুবদা তনিক তনিক্লবা থম্বাল অমমমগী

তয়োঃ প্রভাঃ পৃথিবীমন্তরীক্ষং সর্বা ব্যতিক্রম্য দিশশ্চ বৃদ্ধাঃ।
তেন প্রকাশেন ভৃশং প্রকাশং বভূব তেষাং তব চৈব সৈন্যম্ ॥২৮॥
তেন প্রকাশেন দিবং গতেন সংবোধিতা দেবগণাশ্চ রাজন্!।
গন্ধর্ব্বযক্ষাঃ সুরসিদ্ধসংঘা সমাগমন্নপ্সরসশ্চ সর্ব্বাঃ ॥২৯॥
তদ্দেবগন্ধর্বসমাকুলঞ্চ যক্ষাসুরেন্দ্রাপ্সরসাং গণৈশ্চ।
হতৈশ্চ শূরৈর্দিবমারুহদ্ভিরায়োধনং দিব্যকল্পং বভূব ॥৩০॥
রথাশ্বনাগাকুলদীপদীপ্তং সংরব্ধযোধাহতবিক্রতাশ্বম্।
মহদ্বলং ব্যূঢ়রথাশ্বনাগং সুরাসুরব্যূহসমং বভূব ॥৩১॥
তচ্ছক্তিসংঘাকুলচণ্ডবাতং মহারথাভ্রং গজবাজিঘোরম্।
শস্ত্রৌঘবর্ষং রুধিরাম্বুধারং নিশি প্রবৃত্তং রণদুর্দ্দিনং তৎ ॥৩২॥

---

মঙাল অদু শগোল্ শামুশিংগী মঙাল অদুগা অমুক থেংনব-রৈনবদা হায়দগী হেন্না ঙাবৃখি ॥২৭॥ কৌরব-পাণ্ডব পক্ষ অনীমকী লাম্মীশিংগী মঙাল অদুনা লালকম্-লৈমায়, নোংমদোন, মায়কৈ-পূম্বা পূমঙাল্ ঙানখ্রে। অদুদগীদ কাঙলূপ অনীগী লাম্মী পূম্বা অমগমগ তশেং তশেংনা মশক্ উনখি ॥২৮॥ মহারাজ! আকাশস্থ পূমঙাল্ ঙানখ্রবদা, নোংমদোঙকী লাইরাম, গন্ধর্ব্বশিং, যক্ষরক্ষ সিদ্ধ সাধ্যপূম্বা মুমিদাংগী লাল্ অদু য়েংগদবগী মাগী মাগী বিমানদা তোংলা তোংলদুনা নোংম-দোন্দা চোংথোক্লরকলে ॥২৯॥ নোংমদোন্ মকোয় অদুসু, যক্ষরক্ষ গন্ধর্ব্বকিন্নরশিংগা অদুগা লাম্মা শিদুনা মর্ত্ত্যলোককী হকচাং থাদোকলমদুনা স্বর্গ কায়রুবা অকন্বশিংদুগনা স্বর্গগী পাকচাউরবা লালকম্ অমগী মতৌঙুমখ্রে ॥৩০॥ থাউমৈ মৈঙাম্না পূমঙাল ঙাম্নবা লালকম্ অদুদা লৈরিবা কৌরব-পাণ্ডবপক্ষ অনীগী লাম্মী মপৈ অনীদু অমনা লাইরামগী লাম্মী মপৈ, অদুগা অমনা দৈত্যদানব হিংচাবশিংগী লাম্মী মপৈঙুম্ উখি। শগোল শামু রথ মপৈ অদু পূমঙাল-পূমঙাল ঙানখ্রে। লাম্মীশিংনা ফুরকপা-শাজৈ থারকপদা শগোলশিং অদু থোঙাপ্ কন্না চেম্থোক্ চেহিন তৌনরি। অদুনা শগোল শামু রথশিং অদুসু বেহ মওংদা পোপ্-পোপ তানা লেম্লখি ॥৩১॥ অদুনা অহিংগী লাল অদু নোংথিনোংমংবা নুমিৎকী অয়ুক্-নুংথিলদা শোক্লবা লাল অমগী মতৌঙুমখি। তাগী পয়েং পয়েং অদুনা নুংশিৎ-ইপোম্-ইরৈ অমমম্গী মতৌঙুমখি। চাউরা চাউরবা রথ অমমম্না নোং মতূম্ অমমমঙুম্ কোয়চৎ চৎখি। কাপ্পরকপা-পাইথনরকপা, মশীং লাকঙমদবা তেলশিংনা নোং মরী অমমম্নি। ঈশিং মরী অমমমঙুম্ ঈগী ঈচেম্না লাম্মী মশা মশাদগী শিন্থরকলি। মরক্ মরক্তা লৈরিবা শগোল শামুশিং অদু অমমম্না অকিবা কংলবা

তস্মিন্ মহাগ্নিপ্রতিমো মহাত্মা সন্তাপয়ন্ পাণ্ডবান্ বিপ্রমুখ্যঃ।
গভস্তিভির্মধ্যগতো যথার্কো বর্ষাত্যয়ে তদ্বদভূন্নরেন্দ্র।।৩৩।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে দীপোদ্দ্যোতনে দ্বিচত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।।০।।

—:O:—

মূর্ত্তি অমমম্ পূখি ।।৩২।। মহারাজ! বর্ষাগী তুংদা শরৎ লাক্লবদা নুমিৎনা কন্না চাক্পা-ঙানুব-হুঙম্না কৌরবলাম্মী মরক্ অদুদা মৈবুলঙুম্বা দ্রোণ সেনাপতিনা তেন্তনা মশেক্ মঙাল ওইহনা পাণ্ডবলাম্মীশিংবু চাক্থেকপা হৌরকলে ।।৩৩।।

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক'লিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা ঘটোৎকচবধ"গী মনুংদা "দীপোদ্দ্যোতন"গী চাম নিফুনিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ।।০।।

——

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রিচত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামনিফুহুমদোইশুবা অধ্যায় ।।

("ঘটোৎকচবধ"গী মনুংদা অহিংগী কল্পবা লাঞ্জাও)

### সঞ্জয় উবাচ

প্রকাশিতে তদা লোকে রজসা তমসা বৃতে। সমাজগ্মুরথো বীরাঃ পরস্পরবধৈষিণঃ।।১।।
তে সমেত্য রণে রাজন্! শস্ত্রপ্রাসাসিধারিণঃ। পরস্পরমুদৈক্ষন্ত পরস্পরকৃতাগসঃ।।২।।
প্রদীপানাং সহস্রৈশ্চ দীপ্যমানৈঃ সমন্ততঃ। বিররাজ তদা ভূমির্গ্রহৈর্দ্যৌরিব ভারত।।৩।।

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! অহিংগী অমম্বনা অত্তগা মৈথু-উফুম্না কুপশিনখিবনা পূম্মম্ মম্নমলবা লালকম্ হায়রিবা থাউমৈ মৈঙাল্ অসিনা অমুক ঈঙান ঙানগ্রবত্তুদা পক্কঅনীমক্কী লাল্মীশিং অসি মপা নৎ-নত্তবা অউ অউবদা চোংশিন থেংজিন্নরক্লে ।।১।। থাও পায়বগা থাও পায়বগা, তা পায়বগা, তা পায়বগা, লালকম্ অত্তুদা ক্রক্-ক্রক্ ঈহ্নিত্তকৃশিন্নরকলে ।।২।। ভরতশাগৈগী

উত্থাপতৈঃ প্রজ্বলিতৈঃ স্বর্ণভূষিতৈরোচত। ভবনাঢ্যৈ লোকপালানাং চ বসুন্ধরা ॥৪॥
প্রাদীপ্যন্ত দিশঃ সর্ব্বাঃ প্রদীপৈস্তৈঃ সমন্ততঃ। বর্ষাপ্রদোষে খদ্যোতৈর্বৃতা বৃক্ষা ইবাবভুঃ ॥৫॥
অসজ্জন্তো ততো বীরা বীরেষ্বেব পৃথক্ পৃথক্। নাগা নাগৈঃ সমাজগ্মুস্তুরগাঃ সহ বাজিভিঃ ॥৬॥
রথা রথিবরৈরেব সমাজগ্মুর্মুদান্বিতাঃ। তস্মিন্ রাত্রিমুখে ঘোরে তব পুত্রস্য শাসনাৎ ॥৭॥
ততোঽর্জ্জুনো মহারাজ। কৌরবাণামনীকিনীম্। ব্যধমত্ত্বরয়া যুক্তঃ ক্ষপয়ন্ সর্ব্বপার্থিবান্ ॥৮॥

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

তস্মিন্ প্রবিষ্টে সংরব্ধে মম পুত্রস্য বাহিনীম্। অমৃষ্যমাণে দুর্দ্ধর্ষে কথমাসীন্মনো হি বঃ ॥৯॥
কিমকুর্ব্বত সৈন্যানি প্রবিষ্টে শ্বেতবাহনে। দুর্য্যোধনশ্চ কিং কৃত্যং প্রাপ্তকালমমন্যত ॥১০॥
কে চৈনং সমরে বীরং প্রত্যুদ্যযুররিন্দমাঃ। কেঽরক্ষন্ দক্ষিণং চক্রং কে চ দ্রোণস্য সব্যতঃ ॥১১॥
কে পৃষ্ঠতশ্চাপ্যভবন্ বীরা বীরস্য যুধ্যতঃ। কে পুরস্তাদগচ্ছন্ত নিঘ্নতঃ শাত্রবান্ রণে ॥১২॥
যৎ প্রাবিশন্মহেষ্বাস পাঞ্চালানপরাজিতঃ। নৃত্যন্নিব নরব্যাঘ্রো রথমার্গেষু বীর্য্যবান্ ॥১৩॥

---

অথোইবা মহারাজ! পাকচাউরবা কুরুক্ষেত্র লালকম্ অদুদা থাউমৈ মৈরাশিং লিশিং-লিশিং অদুনা ঙানবদুদি লালকম অদু গ্রহ নক্ষত্র তারানা লিশিং লিশিংনা ঙান্নবা পাকচাউরবা আকাশগী মতোঙমখ্রে ॥৩॥ প্রলয়গী মতম্গী মৈনা চাকপক্লবদা পৃথী লৈমায়থক অসি পূম্ঙান্ ঙানবদুঙম্না মৈরা দেউটি চাম-চাম, লিশিং লিশিংদুগী থঙাক্লা লালকম্ অদু পূমঙান্ ঙান্খ্রে ॥৪॥

খা-রাং নোংপোক-নোংচূপ নাথৈ শেংনা উরে। বর্ষাগী মতম্দা সন্ধ্যা য়াচংব মতম্দা তম্নরা পূম্কূপ্ কূপ্লবা উপাম্বী মপৈ অমমম্ঙম্ মান্নকৈ মরি মরৈক ঙানা উরে ॥৫॥ লান্মীশিং অদু অমগমগা হাইজিন-কুজিন্নরি, শগোন্না শগোন্দা, শামুনা শামুদা হাইজিন-থিংজিন তকশিন্নরি ॥৬॥ মহারাজ! অহিংগী মতম অসিদা লালকম্দুদা মহারাজগী মচাঈবুঙো দুর্য্যোধনগী য়াথংদগী রথীশিং অদুনা মথ্বাই মুংঙাইনা মপূক্লীং থোগৎনা মযাম্নবা য়েক্লবা রথীশিংগা কম থেংনবা হোৎকলে ॥৭॥ মহারাজ! মতম অসিদা অর্জ্জুননা কৌরব পক্ষগী নিংথৌ লান্মী অকনবশিংবু জয় তৌদুনা কৌরবলান্মীশিংবু মীপূম থীংনা নৈথাইরকলে ॥৮॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! অমনা লাকচবা য়াত্রবা ঈচং থোয়বা, লাকঙম্ কাঙম্দবা অর্জ্জুননা ঐগী কৌরবলান্মী মথক চঙশিন্নকপা মতমসিদা অউব নখোয়গী মপূক্লীংদু কম্দৌথি ॥৯॥ অর্জ্জুননা চঙশিন্নকপা মতমসিদা কৌরবলান্মীশিংনা করি কমদৌথি? দুর্য্যোধনমক্না মতম্ অদুদা তৌগদবা থবকপু করিনি খল্লুনা থৌনা য়াঙনা পায়থৎখি ॥১০॥ কৌরবপক্ষগী করম্বা অকনবশিংনা অর্জ্জুন তম্ন কুজিনখি? দ্রোণনা পায়িবা বেহুদগী য়েৎ-লোম্দনা কনা কনা, ওয়-য়োম্দনা কনা কনা লৈখি? ॥১১॥ অকনবা দ্রোণনা য়েক্লব-শিংবু তকথায়-নৈথায়দুনা পাণ্ডবলান্মী মপৈরোম্দা চঙশিনখিবা মতমসিদা অকনবা কনা-কনানা মাগী মতুং ইন্নখি? কনা কনানা মাগী নাক্-য়েৎ তুং মাঙগী ঙাক্ শেনবা ঙইনা চৎখি? ॥১২॥ কান্নবা লীক্লং পায়বা, হেক পোকচৌদগী মায়থীবা থংজিনা, নিপা অথোইবা, দ্রোণাচার্য্যনা অগোই

দ্রোণো হি বলবান্ যুদ্ধে ক্ষিপ্রহস্তঃ প্রতাপবান্। নির্জয়েস্ত্রিদশান্ ক্রুদ্ধঃ কিমু পার্থান্ সসোমকান্ ॥২২॥
তে যূয়ং সহিতাঃ সর্ব্বে ভৃশং যত্তা মহারথাঃ। দ্রোণং রক্ষত পাঞ্চাল্যাদ্ধৃষ্টদ্যুম্নান্মহাবলাৎ ॥২৩॥
পাণ্ডবীয়েষু সৈন্যেষু ন তং পশ্যামি কঞ্চন। যো যোধয়েদ্রণে দ্রোণং ধৃষ্টদ্যুম্নাদৃতে নৃপাঃ! ॥২৪॥
তস্মাৎ সর্ব্বাত্মনা মন্যে ভারদ্বাজস্য রক্ষণম্। স গুপ্তঃ পাণ্ডবান্ হন্যাৎ সৃঞ্জয়াংশ্চ সসোমকান ॥২৫॥
সৃঞ্জয়েষথ সর্ব্বেষু নিহতেষু চমূমুখে। ধৃষ্টদ্যুম্নং রণে দ্রৌণির্নাশয়িষ্যত্যসংশয়ম্ ॥২৬॥
তথার্জ্জুনঞ্চ রাধেয়ো বিজেষ্যতি মহারথঃ। ভীমসেনমহঞ্চাপি যুদ্ধে জেষ্যামি দংশিতম্।
শেষাংশ্চ পাণ্ডবান্ যোধাঃ প্রসভং হীনতেজসঃ ॥২৭॥
সোঽয়ং জয়ো মম ব্যক্তোঽদীর্ঘকালং ভবিষ্যতি। তস্মাদ্রক্ষত সংগ্রামে দ্রোণমেব মহারথম্ ॥২৮॥
ইত্যুক্ত্বা ভরতশ্রেষ্ঠ! পুত্রো দুর্য্যোধনস্তব। ব্যাদিদেশ তদা সৈন্যং তস্মিংস্তমসি দারুণে ॥২৯॥
ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং রাত্রৌ ভরতসত্তম!। উভয়োঃ সেনয়োর্ঘোরং পরস্পরজিগীষয়া ॥৩০॥
অর্জ্জুনঃ কৌরবং সৈন্যমর্জ্জুনঞ্চাপি কৌরবাঃ। নানাশস্ত্রসমাবাপৈরন্যোন্যং সমপীড়য়ন্ ॥৩১॥
দ্রৌণিঃ পাঞ্চালরাজঞ্চ ভারদ্বাজশ্চ সৃঞ্জয়ান্। ছাদয়ামাসতুঃ সংখ্যে শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ॥৩২॥
পাণ্ডুপাঞ্চালসৈন্যানাং কৌরবাণাঞ্চ ভারত!। আসীন্নিষ্টানকো ঘোরো নিঘ্নতামিতরেতরম্ ॥৩৩॥

---

চেকশিন্ন ঙাক্শেনবিদুনা, দ্রোণবু হাৎকে হায়না রাশকলিবা সেনাপতি ধৃষ্টদ্যুম্নগী মথুত্তগী দ্রোণবু কন্নবা চেকশিনবিয়ু ॥২৩॥ নিংথৌ-লাল্মীশা! পাণ্ডবতেঙ্গোল্লোমদগী ধৃষ্টদ্যুম্ন হায়বসি নত্তন কনানম্ভু দ্রোণগা থেংননবা চোংথোরকলোই ॥২৪॥ অদুনা ঐনা অস্নুম্ খনবদা, য়ারিবমখৈ দ্রোণবু কনবনা চুম্মি। নারোন্দগী পাইশিল্লকদবা খুৎলায়শিংদগী ময়াম্না ঙাক্থোক্তুনা থম্লিবা দ্রোণনা ঙসি সোমক পাঞ্চাললাল্মীশিংবু তুম্ন হাৎপিরগনি ॥২৫॥ অদুদগীদ সৃঞ্জয়লাল্মীশিং পূম্ব তুমথ্রবদা অশ্বত্থামানা ধৃষ্টদ্যুম্নবু ময়াইনা হাচ্চখিগনি ॥২৬॥ অদুদগীদ মহারথী কর্ণনা অর্জ্জুনবু, অদুগা দুর্য্যোধন-ঐনা ভীমদু হাৎকনি। অদুগা অতোপ্ অতোপ্পা ঐগী লাল্মীশিংনা লৈহৌরিবা শোল্লবা পাণ্ডবশিংবু হাৎপা—অসিনি—ঐনা শীল্লিবা ॥২৭॥ "অস্নুম তৌরবদি মতম্ খজিক্কদা ঐনা জয় ওইবা হায়বদুদি শোয়দ্রবনি। মরম্ অদুনা, ময়াম্না থবক অসি থোক্নবা চেকশিন্ন দ্রোণবুত ঙাক্শেনবিয়ু" ॥২৮॥ ভরতশাগৈগী অখোইব মহারাজ! নচাঈবুঙো নিংথৌ দুর্য্যোধননা অহিং অদুদা কৌরব লাল্মীশিংবু মতৌ অস্নুম্না লালচঙননবা য়াথং পীখ্রে ॥২৯॥ ভরতনন্দন মহারাজ! অদুদগীদি কৌরব পাণ্ডবপক্ষ অনীগী লাল্মীশিংনা থা-রাই খঙদনা, অকিবা ফংলবা লাঞ্জাও অদু হৌখ্রে ॥৩০॥ মতম্ অসিদা অর্জ্জুননা কৌরবলল্মীশিংবু মশীংলাকঙমদনা হাৎ-হাত্তুনা নৈবা হৌখি ॥৩১॥ অশ্বত্থামানা দ্রুপদবু, দ্রোণনসু সৃঞ্জয়লাল্মীশিংবু মশীংলাকঙমদনা হাচ্চিল্লকপা হৌখ্রে ॥৩২॥ ভরতনন্দন! অদুদগীদি অমগমগ হাৎনখিন্নরবা, য়ান্নখিন্নরবা কৌরবপাণ্ডব পক্ষনীগী লাল্মীশিংনা লালকম্ অদু পূমনিন্ নিন্না লাউখোংবা-সিংহনাদ লাউবা হৌনখি ॥৩৩॥ মহারাজ! অহিং অদুদা মতৌ অস্নুম্না

নৈবাস্মাভির্ন বা পূর্ব্বৈর্দৃষ্টপূর্ব্বং তথাবিধম্। শ্রুতং বা যাদৃশং যুদ্ধমাসীত্তাস্মৌ ভয়ানকম্ ।৩৪।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

ঘটোৎকচবধে সঙ্কুলযুদ্ধে ত্রিচত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।০।

---

অকিবগী মশক ওইরবা লাল অসিনা চশ্বরক্লবদা ঐখোয়না অহুনা মবাক্তৈগী অহল লমবুশিংনা অমুক্ত উথিজিবা—তাখিজিবা লাল্ হায়বত্ত ওইখি ॥৩৪॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা ঘটোৎকচবধগী মপুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী চামনিফুমরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥ ০ ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুশ্চত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চামনিফুমরিশুবা অধ্যায়

(দুর্য্যোধন মায়থীবা)

——(:0:)——

সঞ্জয় উবাচ।

বর্ত্তমানে তথা রৌদ্রে রাত্রিযুদ্ধে বিশাংপতে।। সর্ব্বভূতক্ষয়করে ধর্ম্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ ।১।

অব্রবীৎ পাণ্ডবাংশ্চৈব পাঞ্চালাংশ্চৈব সোমকান্। অভিদ্রবত সংযাত দ্রোণমেব জিঘাংসয়া ।২।

(যুগ্মকম্)

রাজ্ঞস্তে বচনাদ্রাজন্। পাঞ্চালাঃ সৃঞ্জয়াস্তথা। দ্রোণমেবাভ্যবর্ত্তন্ত নদন্তো ভৈরবান্ রবান্ ।৩।

তান্ বয়ং প্রতিগর্জন্তঃ প্রত্যুদ্যাতা হ্যমর্ষিতাঃ। যথাশক্তি যথোৎসাহং যথাসত্ত্বঞ্চ সংযুগে ।৪।

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! অউবা জীবপান্‌বা পূম্নমক্কী মকমদা অকিবা ভুজুংবা মিপাইবা পোক্লনবগী মশক্ ওইরবা অহিংগী লাল অসিনা অসুম্না হৌরক্লবদা, ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠিরনা মনাও পাণ্ডবশিং অমদি সোমকশিংদা অসুম্না হায়খিঃ—"অকন্‌বা ময়াম্! হৌজিক্‌মক্ দ্রোণবু লোইথোক্লবা মাগী মনাক তাম্ন চওশিন্নবা তৌ"—॥১—২॥ মহারাজ! যুধিষ্ঠিরগী য়াথং মতুং ইন্না পাঞ্চাল অমুগা সৃঞ্জয়লাম্মীশিংনা অকিবা কংনা লাউ-থোংহুনা দ্রোণনা লৈরিবা অদোমদা

কৃতবর্ম্মা তু হার্দিক্যো যুধিষ্ঠিরমুপাদ্রবৎ। দ্রোণং প্রতি সমায়ান্তং যত্তো মত্তমিব দ্বিপম্ ॥৫॥

শৈনেয়ং শরবর্ষাণি বিকিরন্তং সমন্ততঃ। অভ্যবারয়দ্ কৌরব্যো রাজন্! ভূরিঃ সংগ্রামমূর্দ্ধনি ॥৬॥

সহদেবমথায়ান্তং দ্রোণপ্রেপ্সুং মহারথম্। কর্ণো বৈকর্ত্তনো রাজন্। বারয়ামাস পাণ্ডবম্ ॥৭॥

ভীমসেনমথায়ান্তং ব্যাদিতাস্যমিবান্তকম্। স্বয়ং দুর্য্যোধনো রাজা প্রতীপঃ মৃত্যুমাব্রজৎ ॥৮॥

নকুলঞ্চ যুধাং শ্রেষ্ঠং সর্ব্বযুদ্ধবিশারদম্। শকুনিঃ সৌবলো রাজন্। বারয়ামাস সত্বরঃ ॥৯॥

শিখণ্ডিনমথায়ান্তং রথেন রথিনাং বরম্। কৃপঃ শারদ্বতো রাজন্। বারয়ামাস সংযুগে ॥১০॥

প্রতিবিন্ধ্যমথায়ান্তং ময়ূরসদৃশৈর্হয়ৈঃ। দুঃশাসনো মহারাজ! যত্তো যত্তমবারয়ৎ ॥১১॥

ভৈমসেনিমথায়ান্তং মায়াশস্ত্রবিশারদম্। অশ্বত্থামা পিতুর্মানং কুর্ব্বাণঃ প্রত্যষেধয়ৎ ॥১২॥

দ্রুপদং বৃষসেনস্তু সসৈন্যং সপদানুগম্। বারয়ামাস সমরে দ্রোণপ্রেপ্সুং মহারথম্ ॥১৩॥

বিরাটং দ্রুতমায়ান্তং দ্রোণস্য নিধনং প্রতি। মদ্ররাজঃ সুসংক্রুদ্ধো বারয়ামাস ভারত। ॥১৪॥

শতানীকমথায়ান্তং নাকুলিং রভসং রণে। চিত্রসেনো রুরোধাশু শরৈর্দ্রোণপরীপ্সয়া ॥১৫॥

---

প্রপ্রপ্ চঙশিন্খি ॥৩॥ অহুদগী কৌরবলাম্মী পুম্নমক্সু মখোয়রোমদা প্রপ্রপ্ কুজিল্লক্ই ॥৪॥ ময়ায় কারবা শামুনা মাগী মমাঙ্গনা শামু অমতম্না কুজিল্ল চঙশিল্লক্পন্থগুম্না। যুধিষ্ঠিরনা দ্রোণ তম্না চঙশিল্লক্পা মতম অসিদা হার্দিক্কী মচা নিপা অখোবা কৃতবর্ম্মাস্থ যুধিষ্ঠিরবু থিংগদবগী চঙশিল্লক্ই ॥৫॥ মহারাজ! সাত্যকিনা তেম্বনা নোং চুবগুম্ কাপশিল্লক্তুনা চঙশিল্লক্পা মতম্ অসিদা কুরুবংশগী অকন্বা ভূরি হায়বসি সাত্যকিবু থিংগদবগী চঙশিল্লক্ই ॥৬॥ মহারাজ! মহারথী সহদেবনা চঙশিল্লকপা মতম্সিদা সূর্য্যদেবগী মচা কর্ণনা খোঙমী লাম্মীশিংগা লোয়ননা সহদেববু থিংগদবগী চঙশিল্লকই—॥৭॥ ময়া কাখোকতুনা লাক্লবা যমরাজগুম্ব। ভীমসেননা চঙঙকপা মতমদা নিংথৌ দুর্য্যোধন মশামক যমরাজদা মৃত্যুনা তুংইন্নরকপগুম্ ভীম তম্না চঙশিল্লকই ॥৮॥ মহারাজ! লাল্লোং পুম্বদা হৈশিংলবা নকুলনা চঙলকপা মতমদা সুবলগী মচা শকুনি অসি থুনা য়াঙনা নকুলবু থিংগদবগী হোচ্চিল্লকই ॥৯॥ মহারাজ! রথী অখোইবা শিখণ্ডীনা রথমথক্তা তোংদুনা চঙশিল্লকপা মতমসিদা শরদ্বান্গী মচা কৃপাচার্য্য চঙশিল্লকই ॥১০॥ মহারাজ! প্রতিবিন্ধ্য (যুধিষ্ঠিরগী মচা)না য়াম্না চেংকশিন্না রাহোংগী মচুগুম্ শাংলবা শগোল্লচিংবা রথদা তোংদুনা চঙশিল্লক্রবদা দুঃশাসননা মাবু থিংগদবগী চঙশিল্লকই ॥১১॥ মায়া য়াম্না হৈরবা, শিথ্রে হায়না শঙনক্নবা ঘটোৎকচনা চঙশিল্লকপদা অশ্বত্থামানা মপা দ্রোণগী মানমর্য্যাদাবু সমানবু ঙাক্কে হায়বগীদক্ মহাকপু থিংদুনা থমখি ॥১২॥ মহারাথী দ্রুপদনা খোঙমী লাম্মীশিংগা লোয়ননা চঙশিল্লক্পা মতমদা বৃষসেননা কন্না থিংখি ॥১৩॥ ভরতনন্দন মহারাজ! বিরাট নিংথৌনা দ্রোণবু হাৎকে হায়না চঙশিল্লক্পা মতম অসিদা শাউরবা শল্যনা দ্রোণবু কনগে হায়দুনা তেঙ্গ্ মনম্ মনম্ কাপ্শিন্ কাপ্শিন্না চঙশিল্লক্তুনা বিরাটপু থিংখি ॥১৪॥ নকুলগী মচা

অর্জ্জুনঞ্চ যুধাং শ্রেষ্ঠং প্রাদ্রবত্তং মহারথম্। অলাযুধো মহারাজ! রাক্ষসেন্দ্রো মহাবলঃ ॥১৬॥
তথা দ্রোণং মহেষ্বাসং নিঘ্নন্তং শাত্রবান্ রণে। ধৃষ্টদ্যুম্নোঽথ পাঞ্চাল্যো হৃষ্টরূপমবারয়ৎ ॥১৭॥
তথান্যান্ পাণ্ডুপুত্রাণাং সমায়াতান্ মহারথান্। তাবকা রথিনো রাজন্! বারয়ামাসুরোজসা ॥১৮॥
গজারোহা গজৈস্তূর্ণং সন্নিপত্য মহামৃধে। যোধয়ন্তঃ স্ম দৃশ্যন্তে শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥১৯॥
নিশীথে তুরগা রাজন্নাদ্রবন্তঃ পরস্পরম্। সমদৃশ্যন্ত বেগেন পক্ষবন্তো যথাদ্রয়ঃ ॥২০॥
সাদিনঃ সাদিভিঃ সার্দ্ধং প্রাসশক্ত্যষ্টিপাণয়ঃ। সমাগচ্ছন্, মহারাজ! বিনদন্তঃ পৃথক্ পৃথক্ ॥২১॥
নরাস্তু বহবস্তত্র সমাজগ্মুঃ পরস্পরম্। গদাভির্মুষলৈশ্চৈব নানাশস্ত্রৈশ্চ সংযুগে ॥২২॥
কৃতবর্ম্মা তু হার্দ্দিক্যো ধর্ম্মপুত্রং যুধিষ্ঠিরম্। বারয়ামাস সংক্রুদ্ধো বেলেবোদ্ধূতমর্ণবম্ ॥২৩॥
যুধিষ্ঠিরস্তু হার্দ্দিক্যং বিদ্ধা শঞ্চভিরাশুগৈঃ। পুনর্বিব্যাধ বিংশত্যা তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥২৪॥

শতানীকনা য়াম্না হয়াউ মুংঙাইনা চঙশিল্লব্পা মতমসিদা চিত্রসেননা দ্রোণবু কনগে হায়বগী দমক প্রপ্রপ্ চঙশিল্লকই ॥১৫॥ মহারাজ! মহারথী অকনবা, লাম্মী অথোইবা অর্জ্জুননা চঙশিল্লকপা মতমসিদা হিংচাবা অথোইবা অলায়ুধ হায়বসিনা অর্জ্জুনবু কন্না থিংখি ॥১৬॥ মতম অসিদা থরাই মুংঙাইরবা দ্রোণনা য়েক্লবা পাণ্ডবলাম্মীশিংবু হাচ্চিল্লকপা ফুজিল্লকপা মতম অসিদা পাঞ্চাল নিংথৌগী মচা ধৃষ্টদ্যুম্ননা মহাকপু হাংখি ॥১৭॥ মহারাজ! মতৌ অম্মুম্না পাণ্ডব পক্ষগী মহারথীশিংনা চংশিল্লকপা মতমসিদা কৌরব তেঙ্গোলগী অকনবশিংনা মপাচাবা য়েং-য়েংদুনা চঙশিল্লকই ॥১৮॥ অদুদগী করি অমা অমুক্ উনখিবগে হায়ববু শামু তোংবা লাম্মী চাম চাম লিশিং লিশিংনা অতোপ্পা পক্ষগী শামু তোংবা লাম্মীশিংগা ক্রক ক্রক ঈঙ্গুম্না থেংনবা হৌরি ॥১৯॥ মহারাজ! মুমিৎখুদিংগী লাল অসিদা শগোলশিং অমমম্না মশাপানবা চীংদুম্ অমমমগুম্ পাইশিল্লদুনা মাগী মাগী মপা শগোলশিংদা চোংশিন্ চোংশিন্দুনা থেংগাইররি ॥২০॥ মহারাজ! মতুং অসিদা মথুন্তা থাঙ পায়বা, তা পায়বা, শগোল তোংবা লাম্মী অশ্বারোহী-শিংনা থাঙ-তা পায়বা শগোল তোংবা লাম্মীশিংদা ফুজিল্লকলি ॥২১॥ মথুক্তা গদা য়োৎশুক মুংশুক পায়বা খোঙমীশিংনা গদা য়েচ্ছুক মুংশুক্ পায়বা য়েরবখোঙমীশিংদা চোংশিন চোংশিন্দুনা থানরকলি, ফুনরকলি, মথৎবাই থানরি ॥২২॥ মতম্ অসিদা হৃাদিককী মচানিপা কৃতবর্ম্মানা সমুদ্রগী ঈথকপু তে র্বান-চাংজৌনা লিংবদুগুম্না, শাফু বন্না চঙশিল্লকপা যুধিষ্ঠিরবু থিংদুনা থমখ্রে ॥২৩॥ মতম অসিদা যুধিষ্ঠিরনা থৌরবা তেল মঙানা কৃতবর্ম্মাদা কন্না থাখি। অদুদগী অমুক তেল কুন্না নোৎশিল্লগা "লৈরম্মু-থাঙঙ," হায়দুনা কৃতবর্ম্মাগী নাক্তা প্রপ্রপ্ হোচ্চিল্লকলি ॥২৪॥ ঈকায়-খুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! মতম্ অসিদা থোইদোক্না শাউরবা কৃতবর্ম্মানা তা মচীন শাবা থৌরবা তেল অমমা যুধিষ্ঠিরগী লীক্রং অদু খুদুমক্তা থবৎ ককথৎখি। অদুদগী থৌরবা তেল তরেৎ অমনা যুধিষ্ঠিরদা কন্না থাখি ॥২৫॥ অদুগী তুংদা শাউরবা যুধিষ্ঠিরনা

কৃতবর্ম্মা তু সংক্রুদ্ধো ধর্ম্মপুত্রস্য মারিষ ! । ধনুশ্চিচ্ছেদ ভল্লেন তঞ্চ বিব্যাধ সপ্তভিঃ ।২৫।
অথান্যদ্ধনুরাদায় ধর্ম্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ । হার্দ্দিক্যং দশভির্বাণৈর্বাহ্বোরুরসি চার্পয়ৎ ।২৬।
মাধবস্তু রণে বিদ্ধো ধর্ম্মপুত্রেণ মারিষ ! । প্রাকম্পত চ রোষেণ সপ্তভিশ্চার্দ্দয়চ্ছরৈঃ ।২৭।
তস্য পার্থো ধনুশ্ছিত্বা হস্তাবাপং নিকৃত্য চ ।
প্রাহিণোন্নিশিতান্ বাণান্ পঞ্চ রাজন্ ! শিলাশিতান্ ।২৮।
তে তস্য কবচং ভিত্বা হেমচিত্রং মহাধনম্ । প্রাবিশন্ ধরণীমুগ্রা বল্মীকমিব পন্নগাঃ ।২৯।
অক্ষোর্নিমেষমাত্রেণ সোঽন্যদাদায় কার্ম্মুকম্ । বিব্যাধ পাণ্ডবং ষষ্ট্যা সূতঞ্চ নবতিঃ শরৈঃ ।৩০।
তস্য শক্তিমমেয়াত্মা পাণ্ডবো ভুজগোপমাম্ । চিক্ষেপ ভরতশ্রেষ্ঠ ! রথে ন্যস্য মহদ্ধনুঃ ।৩১।
সা হেমচিত্রা মহতী পাণ্ডবেয়প্রবেরিতা । নির্ভিদ্য দক্ষিণং বাহুং প্রাবিশদ্ধরণীতলম্ ।৩২।
এতস্মিন্নেব কালে তু গৃহ্য পার্থঃ পুনর্ধনুঃ । হার্দ্দিক্যং ছাদয়মাস শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ।৩৩।
ততস্তু সমরে শূরো বৃষ্ণীনাং প্রবরো রথী । ব্যশ্বসূতরথং চক্রে নিমেষার্দ্ধাদ্‌যুধিষ্ঠিরম্ ।৩৪।

---

অতোপ্পা লীরুং অমা পায়খৎতুনা থৌরবা তেল্ তরানা ; কৃতর্ম্মাগী পাম্বোম মরু অনীদা অহুগা থজীন্দা কন্ন কন্না থাখি ॥২৬॥ ঈকায় থুম্নবগী মশক ওইরবা মহারাজ ! যুধিষ্ঠিরনা অস্নুন্না থাজিন্নকপা মতমসিদা কৃতবর্ম্মা অসি শাউবনা থক থক নীকখি । থৌরবা তেল্ তরেৎ থুনা য়াঙনা ছত্তুনা যুধিষ্ঠিরদা কন্না থাখি ॥২৭॥ মহারাজ ! মতম অসিদা যুধিষ্ঠিরনা কৃতবর্ম্মাগী লীরুং অমদি খুথাঙ অহু ককথৎতুনা অহুগী তুংদা য়োম্থৌনা মথো শঙলবা থৌরবা তেল মঙানা কৃতবর্ম্মাদা কন্না থাখি ॥২৮॥ অকিবগী মশক্ ফংলবা তেলশিং অহুনা কৃতবর্ম্মাগী লালফূরিত্তুগী কাওদোকৃখিহুনা নাংগয়োম্‌দা কাওদংখিহুনা, লিলশিংনা লৈশোবুংগী মথুন্দা চঙখিবগুম্ লৈপ্নুংদা মশক্ উদমথৈ চঙশিনখি ॥২৯॥

মতম্ অহুদা শাউরবা কৃতবর্ম্মানা মীকূপ অমগী মনুংদা অতোপ্পা লীরুং অম পায়খৎলগা তেল্ হুমফুনা যুধিষ্ঠিরদা থারগা মাপল অমনা মহাক্কী সারথিদা কন্না থাখি ॥৩০॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ ! অহুগী তুংদা কদায় কাওবা কনবগে হায়বহু মকম্ থঙদবা যুধিষ্ঠিরনা মহাক্কী চাউর শাংলবা লীরুং অহু রথ মথক্ত থম্নগা মথুৎনা লিলগী মতৌগুম্না মহুপুরবা খোরবা, লংলবা তা অম পায়খৎতুনা কৃতবর্ম্মা তম্ন মপা চপ্‌চানা লংশিন্নকই ॥৩১॥ যুধিষ্ঠিরনা লংঙকপা, তাখোক্ত সনানা, বুৎ খিন্নবা তা অহুনা, পাইশিন্নক্তুনা কৃতবর্ম্মাগী পাম্বোম্ মরুদগী কাওদোকৃখিহুনা লৈপ্নুংদা থুম্না চঙ্‌শিন্‌খি ॥৩২॥ মরক অহুদা যুধিষ্ঠিরনা লীরুং অমুক পায়খৎতুনা তেল মপৈ মপৈ কাপ্‌শিন্নকতুনা কৃতবর্ম্মাবু তেন্না পুম্নয়োম্ য়োম্‌শিনহনখ্রে ॥৩৩॥ অহুদগীদি কন্নবা, বৃষ্ণিবংশগী অথোইবা রথী কৃতবর্ম্মানা মীকূপ্‌ অমগী মনুংদা যুধিষ্ঠিরগী শগোল মশিংগা সারথিগা পুন্নপ্না মথ্‌াই লৌখি ॥৩৪॥ অহুগী তুংদা যুধিষ্ঠির অসি থাঙগা-চুংবোয়গা পায়খৎলি ।

ততস্তু পাণ্ডবো জ্যেষ্ঠঃ খড়্গাচর্ম্ম সমাদদে। তদস্য নিশিতৈর্বাণৈর্ব্যধমন্মাধবো রণে ॥৩৫॥
তোমরন্তু ততো গৃহ্য স্বর্ণদণ্ডং দুরাসদম্। প্রৈষয়ৎ সমরে তূর্ণং হার্দ্দিক্যস্য যুধিষ্ঠিরঃ ॥৩৬॥
তমাপতন্তং সহসা ধর্ম্মরাজভুজচ্যুতম্। দ্বিধা চিচ্ছেদ হার্দ্দিক্যঃ কৃতহস্তঃ স্ময়ন্নিব ॥৩৭॥
ততঃ শরশতেনাজৌ ধর্ম্মপুত্রমবাকিরৎ। কবচঞ্চাস্য সংক্রুদ্ধঃ শরৈস্তীক্ষ্ণৈরদারয়ৎ ॥৩৮॥
হার্দ্দিক্যশরসংছন্নং কবচং তন্মহাত্মনঃ। ব্যশীর্য্যত রণে রাজন্! তারাজালমিবাম্বরাৎ ॥৩৯॥
স চ্ছিন্নধন্বা বিরথঃ শীর্ণবর্ম্মা শরার্দ্দিতঃ। অপায়াসীদ্রণাত্তূর্ণং ধর্ম্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ ॥৪০॥
কৃতবর্ম্মা তু নির্জ্জিত্য ধর্ম্মরাজং যুধিষ্ঠিরম্। পুনর্দ্রোণস্য জুগুপে চক্রমেব মহাবলঃ ॥৪১॥
ভূরিস্তু সমরে রাজন্! শৈনেয়ং রথিনাং বরম্। আপতন্তমপাসেধৎ প্রবণাদিব কুঞ্জরম্ ॥৪২॥
অথৈনং সাত্যকিঃ ক্রুদ্ধঃ পঞ্চভির্নিশিতৈঃ শরৈঃ। বিব্যাধ হৃদয়ে তূর্ণং প্রাস্রবত্তস্য শোণিতম্ ॥৪৩॥
তথৈব কৌরবো যুদ্ধে শৈনেয়ং যুদ্ধদুর্ম্মদম্। দশভির্বিশিখৈস্তীক্ষ্ণৈরবিধ্যত ভুজান্তরে ॥৪৪॥
তাবন্যোন্যং মহারাজ! ততক্ষাতে শরৈর্ভৃশম্। ক্রোধসংরক্তনয়নৌ ক্রোধাদ্বিস্ফার্য্য কার্ম্মুকে ॥৪৫॥

---

মতম্ অদুদা কৃতবর্ম্মানা থাঙ-চুঙ্গোয় অদুবুস্থ কক্‌থৎতুনা থাদখি ॥৩৫॥ মতম্ অদুদা যুধিষ্ঠিরনা সনানা মখোক্ত য়োম্‌লবা গদা অমগা থাঙ অত্তেন্‌বা-অপাকপা অমগা কৃতবর্ম্মা তম্ন লংশিল্লকই ॥৩৬॥ ধর্ম্মরাজগী মখুত্তগী পাইথোরকপা থুৎলায় অদুনা কৃতবর্ম্মাতম্না হাইজিল্লকলবদা কৃতবর্ম্মানা মাদুবুস্থ নোক্ল নোক্ল মতেক্ অনীথোক্লা ককথৎখি ॥৩৭॥ অদুগী তুংদা অমুক, থীনা শাউরবা কৃতবর্ম্মানা যুধিষ্ঠিরবু তেন্না পুম্‌য়োম্ য়োম্‌হনপ্রে। অদুদগী অমুকস্থ তেন্দ মপৈ অমনা যুধিষ্ঠিরগী লালফুরিৎ অদুবু শিংগুপশানা থিন্‌গাইখি ॥৩৮॥ মতম্ অদুদা, মহারাজ! কৃতবর্ম্মাগী তেন্না থিনগাই-শেঙ্গায়রবা কবচ অদু, নোংমদোম্থক্তগী তারকপা থরানমিচাক অমগুম্না লৈমায়থক্ত মচেৎ মচেৎ পুম্‌লং লংনা তাখি ॥৩৯॥ মতম্ অদুদা লীক্লং ককপ্রবা, রথ য়াওত্রবা, লালফুরিৎ য়াওত্রবা, তেন্না মশা পুম্বা পুম্‌য়োম্ য়োম্রবা যুধিষ্ঠির অসি লাল্‌কমদগী হন্দোকখি ॥৪০॥

মতো অশুম্ন কল্লবা কৃতবর্ম্মানা যুধিষ্ঠিরবু জয় তোরগা অমুক হন্ন দ্রোণগী বেহু অদুগী চক্রবু ঙাকশেন্দুনা লৈখি ॥৪১॥ মহারাজ! অমরোমদা কল্লবা সাত্যকিনা চঙশিল্লকপা মতমসিদা, ভূরি হায়রবা কৌরবপক্ষগী অকনবা রথি অদুনা, শামুনা অগুম্বদগী চেম্থরক্‌পগুম্না চেনশিল্লকতুনা সাত্যকিবু থিংগদবগী শেমশাখি ॥৪২॥ মতম অদুদা, সাত্যকিনা খোইদোক্ল শাউখিদুনা থোরবা তেন্দ মঙানা ভূরিগী থজিন্দা থূম্ন থাখি। মতম অদুদা ভূরিগী থজীন্দগী ঈগী থায়া কম্ন চেম্থরকই ॥৪৩॥ মতো অদুগুম্না ভূরিনস্থ সাত্যকিগী মখবাক্ত থোরবা মচীন তুম্নবা তেন্দ তরানা থাখি ॥৪৪॥ মহারাজ! অদুদগীদি শাউনখিবনা মমীত্ত ঈ কানরবা ভূরি সাত্যকি অনীসি মাগী মাগী লীক্লংবু খুত্থম্ চেৎনা পায়নদুনা মায়গৈ মরি কোয়রৈ লৈনদুনা অমন অমদা কম্ন কন্না থাব হৌনরক্লে ॥৪৫॥ অশাউবনা মমীত্ত ঈ কানরবা অনীসি যমগা মৃত্যুগা অনীগী

তয়োরাসীম্মহারাজ! শরবৃষ্টিঃ সুদারুণা। ক্রুদ্ধয়োঃ সায়কমুচোর্যমান্তকনিকাশয়োঃ ॥৪৬॥
তাবচ্ছোদ্য শরৈ রাজন্! সংছাদ্য সমরে স্থিতৌ। মুহূর্ত্তঞ্চৈব তদ্যুদ্ধং সমরূপমিবাভবৎ ॥৪৭॥
ততঃ ক্রুদ্ধো মহারাজ! শৈনেয়ঃ প্রহসন্নিব। ধনুশ্চিচ্ছেদ সমরে কৌরব্যস্য মহাত্মনঃ ॥৪৮॥
অথৈনং ছিন্নধন্বানং নবভির্নিশিতৈঃ শরৈঃ। বিব্যাধ হৃদয়ে তূর্ণং তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥৪৯॥
সোঽতিবিদ্ধো বলবতা শত্রুণা শত্রুতাপনঃ। ধনুরন্যৎ সমাদায় সাত্বতং প্রত্যবিধ্যত ॥৫০॥
স বিদ্ধা সাত্বতং বাণৈস্ত্রিভিরেব বিশাংপতে।। ধনুশ্চিচ্ছেদ ভল্লেন সুতীক্ষ্ণেন হসন্নিব ॥৫১॥
ছিন্নধন্বা মহারাজ! সাত্যকিঃ ক্রোধমূর্চ্ছিতঃ। প্রজহার মহাবেগাং শক্তিং তস্য মহোরসি ॥৫২॥
স তু শক্ত্যা বিভিন্নাঙ্গো নিপপাত রথোত্তমাৎ। লোহিতাঙ্গ ইবাকাশাদ্দীপ্তরশ্মির্যদৃচ্ছয়া ॥৫৩॥
তন্তু দৃষ্ট্বা হতং শূরমশ্বত্থামা মহারথঃ। অভ্যধাবত বেগেন শৈনেয়ং প্রতি সংযুগে ॥৫৪॥
তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাভাষ্য শৈনেয়ং স নরাধিপ!। অভ্যবর্ষচ্ছরৌঘেণ মেরুং বৃষ্ট্যা যথাম্বুদঃ ॥৫৫॥
তমাপতন্তং সংরব্ধং শৈনেয়স্য রথং প্রতি। ঘটোৎকচোঽব্রবীদ্রাজন্! নাদং মুক্ত্বা মহারথঃ ॥৫৬॥

---

মূর্ত্তিগুম্ অকিবগী মশক লৌনরকতুনা অকিব কংনা কংনা তমথিরবা তেলগী লাল্লোং অম তৌনরকতুনা অমনা অমগী মথক্কু তেস্তনা নোং ওইনা চুথনহনখি ॥৪৬॥ মতৌ অসুম্না সাত্যকি ভূরি অনী অসিগী লাল অসি, ওহাক্তংদি অমগমগ লাকচনদনা চাং অমতদ চপ্ মান্ননা চথরম্মি ॥৪৭॥ অতুদগীদি নোক্ক নোক্না সাত্যকিনা লালকম্ অত্তুদা ভূরিগী লীরুং অত্থ খুত্তুম মথক্কু ককথৎখি ॥৪৮॥ অতুদগী অমুক সাত্যকিনা লীরুং ককপ্রবা ভূরিগী থজীন্দ থৌরবা তেল মাপন্ন কন্ন থাবগা "নং ওসি খাওও! " হায়না কন্ন লাউরকই ॥৪৯॥ কল্লবা সাত্যকিনা অস্নুম্না থাজিল্লকপসিদা, য়েক্লবওম্বা অকনবা ভূরি হায়বসিম্ব অতোপ্পা লীরুং অম পায়থৎতুনা, সাত্যকিদ তেল মথল-মথল অতৎ অথম লৈতনা কাপ্‌শিল্লকই ॥৫০॥ মহারাজ! ভূরিনা নোক্ক নোক্না থৌরবা তেল অত্থুমনা সাত্যকিদা থারগা, তামচীন শাবা থৌরবা তেল অমনা সাত্যকিগী লীরুং অত্থ ককথৎখি ॥৫১॥ মহারাজ! লীরুং ককখিবসিদা শাউবনা মৈ হৌরবা সাত্যকি অসি ভূরিগী মথবাক মপা চপ্ চানা শাংলবা তা অম লাক্কুনা লংশিল্লকই ॥৫২॥ তা অত্থনা পাইশিল্লকতুনা ভূরিগী মথবাক্ক থিনখিবত্তুদা ভূরি অসি, মঙ্গল গ্রহনা নোংমদোম্বক্কুগী তারকপত্থুগুম্না রথ মথক্কুগী লৈমায় থক্ক তাগ্রে ॥৫৩॥

অকনবা ভূরিনা তুখিবসি উবদা মহারথী অশ্বত্থামা অসি সাত্যকিগী রথ তম্না প্রপ্রপ্ চওশিল্লকই ॥৫৪॥ মহারাজ! মতম অত্থুদা অশ্বত্থামানা "লৈরম্মু—লৈরম্মু!" হায়না কন্না কন্না লাউত্থনা, মেরু চীওগী চীঙথক্কা নোংমপাক মপাক্না চুথরকপগুম্ অশ্বত্থামানা সাত্যকিগী মথক্কু তেস্তনা নোং ওইনা চুথহল্লকই ॥৫৫॥ অশ্বত্থামানা মতৌ অসুম্না য়াম্ন শাওনা সাত্যকিগী রথ য়োমদা অসুম নকশিনখিবত্থ উবদা মহারথী ঘটোৎকচ অসি সিংহনাদ লাউত্থনা অশ্বত্থামাক্তা

তিষ্ঠ তিষ্ঠ ন মে জীবন্ দ্রোণপুত্র। গমিষ্যসি। এষ ত্বাং নিহনিষ্যামি মহিষং মৃগরাড়িব।
যুদ্ধশ্রদ্ধামহং তেঽদ্য বিনেষ্যামি রণাজিরে।৫৭।

ইত্যুক্ত্বা ক্রোধতাম্রাক্ষো রাক্ষসঃ পরবীরহা। দ্রৌণিমভ্যদ্রবৎ ক্রুদ্ধো গজেন্দ্রমিব কেশরী।৫৮।
রথাক্ষমাত্রৈরিষুভিরভ্যবর্ষদ্ঘটোৎকচঃ। রথিনামৃষভং দ্রৌণিং ধারাভিরিব তোয়দঃ।৫৯।
শরবৃষ্টিন্তু তাং প্রাপ্তাং শরৈরাশীবিষোপমৈঃ। শাতয়ামাস সমরে তরসা দ্রৌণিরুৎস্ময়ন্।৬০।
ততঃ শরশতৈস্তীক্ষ্ণৈর্মর্ম্মভেদিভিরাশুগৈঃ। সমাচিনোদ্রাক্ষসেন্দ্রং ঘটোৎকচমরিন্দমম্।৬১।
স শরৈরাচিতস্তেন রাক্ষসো রণমূর্দ্ধনি। ব্যকাশত মহারাজ। শ্বাবিচ্ছললিতো যথা।৬২।
ততঃ ক্রোধসমাবিষ্টো ভৈমসেনিঃ প্রতাপবান্। শরৈরবচকর্ত্তোগ্রৈর্দ্রৌণিং বজ্রাশনিপ্রভৈঃ।৬৩।
ক্ষুরৈরর্দ্ধচন্দ্রৈশ্চ নারাচৈঃ সাশলীমুখৈঃ। বরাহকর্ণৈর্নালীকৈর্বিকর্ণৈশ্চাভ্যবীবৃষৎ।৬৪।
তাং শস্ত্রবৃষ্টিমতুলাং বজ্রাশনিসমস্বনাম্। পতন্তীমুপরি ক্রুদ্ধো দ্রৌণিরব্যথিতেন্দ্রিয়ঃ।৬৫।

---

অসুম্না হায়রকই ৷৫৬৷৷ "দ্রোণগী মচা! কৈ লৈরম্মু! খাঙউ। ওসি নং নথ্বাই পুন্থনা ঐগোম্বগী চেনবা য়াররোই। নোংশানা ঈরোই হাৎপগুম্ ঐনা নংবু হাৎকনি। ওসাদ ঐনা নংগী "লান তশোক্লনীভবগী খোরাবদো নপুন্‌শগা লোয়ননা অহম্ মুংহল্লগনি" ৷৷৫৭৷৷ আসি হায়দুনা য়েক্লব ওম্বা, শাউরবা ঘটোৎকচনা মমীত্ত ঈ কাঙ্গনা নোংশানা শামু ওম্ম হোাচ্চল্লকপন্থুগুম্না অশ্বত্থামা ওম্না হোাচ্চল্লকই ৷৷৫৮৷৷ অহুদগী নোংমপাক মপাক্লা অতৎ অথম্লৈতনা চুথরকপগুম্ অশ্বত্থামাগী মথক্তা ঘটোৎকচনা তেল মপৈ মপৈবু অতং অথম্ লৈতনা হেথরকলে ৷৷৫৯৷৷ অসোমদসু অশ্বত্থামানা মোমোন মোমোন তোনা থোর থোরবা তেলশিংনা ঘটোৎকচনা কাপসকলিবা অহুগ লাংশিল্লক-লিবা তেন্নচিংবা খুৎলায়শিং অহুবু থিংহুনা থমাখ, অয়াম্বু ককথংখ ৷৷৬০৷৷ মতুং অসিদা অশ্বত্থামানা, থৌরবা, মচীনতুম্নবা, শাফু কল্লবা চুমথ্রিং চুম্নবা য়াওলবা তেল মপৈ মপৈবু তত্তুনা কাপশিল্লক্তুনা ঘটোৎকচগী মশাপুম্বাসি তেন্না পুময়োম য়োমহনখ্রে ৷৷৬১৷৷ মহারাজ! তেন্না পুময়োম য়োমখিব-সিদা ঘটোৎকচ আসি লালফমদা মতু শোওলবা শবো অমগী মতৌগুম উখ্রে ৷৷৬২৷৷ অহুদগী মতীক মগুণ চাউরবা মপাঙ্গল কল্লবা ঘটোৎকচ অসি থোইদোক্লা শাউখিহুনা বজ্রগী মতৌগুম উইরবা কল্লবা, নোংথাং হাইদোরকপগী মতৌগুম্না মশেক মওাম্না পুমলাংলাংলবা অকিবগী মশক ওইরবা তেল মপৈ মপৈনা অশ্বত্থামাগী হকচাং অহু শিংগুপ শানা ঈহং নাইহং শাখ্রে ৷৷৬৩৷৷ অহুগী তুংদা ঘটোৎকচনা অশ্বত্থামাগী মথক্তা য়েতুম মচীনশাবা, ক্ষুর মচীনশাবা, মচীন-থামচেৎশাবা, মচীন মরোং মরোং লোওবা, ওক্কী মনাকোংমানবা, য়োংকী উতোংগী মওং মানবা (নোংমৈ) অহুগা অসি নত্তবা খুৎলায় জাং জাং অসি কাপশিন্ থাজিনবা হোরকলে ৷৷৬৪৷৷

অমরোমদা থোইদোক্ল তেজ কল্লবা অশ্বত্থামাসু থোইদোক্ল শাউখিহনা, অহুগা থোইনমু মিপাইক্লদনা নুংশিংকী কল্লবা ইপোম্ অমনা নোং ময়াম্বু হুম্‌দোকাখিবহুগুম্ লাইরেবাকী

মুহুঃসহাং শরৈর্ঘোরৈর্দিব্যাস্ত্রপ্রতিমন্ত্রিতৈঃ। অধমৎ সুমহাতেজা মহাভ্রাণীব মারুতঃ ॥৬৬॥

( যুগ্মকম্ )

ততোঽন্তরীক্ষে বাণানাং সংগ্রামোঽন্য ইবাভবৎ। ঘোররূপো মহারাজ! যোধানাং হর্ষবর্দ্ধনঃ ॥৬৭॥

ততোঽস্ত্রসংঘর্ষকৃতৈর্বিস্ফুলিঙ্গৈঃ সমন্ততঃ। বভৌ নিশামুখে ব্যোম খদ্যোতৈরিব সংবৃতম্ ॥৬৮॥

স মার্গণগণৈর্দ্রৌণির্দিশঃ প্রচ্ছাদ্য সর্ব্বশঃ। প্রিয়ার্থং তব পুত্রাণাং রক্ষাংসং সমবাকিরৎ ॥৬৯॥

ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং দ্রৌণিরাক্ষসয়োর্মৃধে। বিগাঢ়ে রজনীমধ্যে শক্রপ্রহ্লাদয়োরিব ॥৭০॥

ততো ঘটোৎকচো বাণৈর্দশভির্দ্রৌণিমাহবে। জঘানোরসি সংক্রুদ্ধঃ কালজ্বলনসন্নিভৈঃ ॥৭১॥

স তৈরত্যায়তৈর্বিদ্ধো রাক্ষসেন মহাবলঃ। চচাল সমরে দ্রৌণির্বাতনুন্ন ইব দ্রুমঃ।

স মোহমনুসংপ্রাপ্তো ধ্বজযষ্টিং সমাশ্রিতঃ ॥৭২॥

ততো হাহাকৃতং সৈন্যং তব সর্ব্বং জনাধিপ!। হতং স্ম মেনিরে সর্ব্বে তাবকাস্তং বিশাংপতে! ॥৭৩॥

তং তু দৃষ্ট্বা তথাবস্থমশ্বত্থামানমাহবে। পাঞ্চালাঃ সৃঞ্জয়াশ্চৈব সিংহনাদান্ প্রচক্রিরে ॥৭৪॥

---

মন্ত্রবু শোক্লিন্‌খ্রবা, তেলশিং অদুনা, ঘটোৎকচগী অকিবগী মশক্ ওইরবা, বজ্রগী মতৌগুম্ মখোল হৌরবা, নোংথাংগুম ঙাল্লবা তমথিরবা খুৎলায়শিং অদুবু মীকুপ্ত মাঙহনখি ॥৬৫-৬৬॥ মহারাজ! মতম অদুদা নোংমদোন্দা তেল মখোয় মশেলগীত অচৌবা লাল্লাও অম থোকখ্রে মাদু উবদা লৈখাদা অমদি নোংমদোম্বক্তা লৈবা অউবশিংগী অদুগা পক্ষ অনীমক্তী লাম্মীশিংগী থম্মোয়দা নুংঙাইবা অকিবা অঙকপা পোকহনখি ॥৬৭॥ মতম অদুদা নোংমদোম্বক্তা পাইখোকনরকপা কাপথোক্লরকপা খুৎলায় মখল মখল্ল অমগ অমগা করবা তরুবদগী থোকখিবা পাইখোকখিবা মৈরীকশিং অদুনা কাতু কারল পাইবদুদা অহিংগী নোংমদোন মকোয় অদু তন্দল্লা থল্ল তগুপ তরেংনা লৈতেংবা অম ওইনা থোকখ্রে ॥৬৮॥ মহারাজ! অশ্বত্থামানা মতম অসিদা মহারাজগী নচা ঈবুংঙোশিংগী পেন্নবগী নুংঙাইন্নবগী দমক অতৎ অখম লৈতনা খুৎলায় জাৎ জাৎ কাপ-শিল্লকতুনা ঘটোৎকচগী মশা পুম্বা তেন্না পুমযোম য়োমহনখ্রে ॥৬৯॥ অদুগী তুংদা, অহিংগী লাল অদুদা ইন্দ্রগা প্রহ্লাদ দৈত্যগা থেংনখিবদুগুম্না ঘটোৎকচগা অশ্বত্থামাগা অনীনা অকিব কংনা তমথিনা থেংনখি ॥৭০॥ অদুগী তুংদা, অহিংনা য়াম্না থেঙথরক্লবদা, ঘটোৎকচ অসি শাউবনা প্রলয়গী মৈগী মতৌগুম্না চ ক্লবা, মতু বল্লবা তেল তরানা অশ্বত্থামাগী থবাক্ত কম্না থাখি ॥৭১॥ ঘটোৎকচনা অশ্বত্থামাদা খোরবা তেলশিং অদুনা থারবদা, কল্লবা অশ্বত্থামা অসি নুংশিৎনা য়ৈবদা নীক্লবা উপাম্বী অমগুম্ কেৎ কেৎ হায়দুনা থাঙখি। জ্ঞান তাখিদতুনা ফিরাল চৈখোক পায়দুনা থাঙখি ॥৭২॥

মহারাজ! মাদু উবদা মহারাজগী কৌরব লাম্মী পুম্নমক্ হাহাকার লাউনখি। কৌরব লাম্মী পুম্নমক্না অশ্বত্থামা শিরে হায়না চপযুংনা খল্লখি ॥৭৩॥ অশ্বত্থামাগী অবস্থা অদু উবদা

প্রতিলভ্য ততঃ সংজ্ঞামশ্বত্থামা মহাবলঃ। ধনুঃ প্রপীড্য বামেন করেণামিত্রকর্ষণঃ ॥৭৫॥
মুমোচাকর্ণপূর্ণেন ধনুষা শরমুত্তমম্। যমদণ্ডোপমং ঘোরমুদ্দিশ্যাশু ঘটোৎকচম্ ॥৭৬॥

(যুগ্মকম্)

স ভিত্ত্বা হৃদয়ং তস্য রাক্ষসস্য শরোত্তমঃ। বিবেশ বসুধামুগ্রঃ সপুঙ্খঃ পৃথিবীপতে ! ॥৭৭॥
সোঽতিবিদ্ধো মহারাজ ! রথোপস্থ উপাবিশৎ। রাক্ষসেন্দ্রঃ সুবলবান্ দ্রৌণিনা রণশালিনা ॥৭৮॥
দৃষ্ট্বা বিমূঢ়ং হৈড়িম্বং সারথিস্তং রণাজিরাৎ। দ্রৌণেঃ সকাশাৎ সম্ভ্রান্তস্বপনিন্যে ত্বরান্বিতঃ ॥৭৯॥
তথা তু সমরে বিদ্ধা রাক্ষসেন্দ্রং ঘটোৎকচম্। ননাদ সুমহানাদং দ্রোণপুত্রো মহারথঃ ॥৮০॥
পূজিতস্তব পুত্রৈশ্চ সর্ব্বযোধৈশ্চ ভারত !। বপুষাভিপ্রজজ্বাল মধ্যাহ্ন ইব ভাস্করঃ ॥৮১॥
ভীমসেনন্তু যুধ্যন্তং ভারদ্বাজরথং প্রতি। স্বয়ং দুর্য্যোধনো রাজা প্রত্যবিধ্যচ্ছিতৈঃ শরৈঃ ॥৮২॥
তং ভীমসেনো দশভিঃ শরৈর্বিব্যাধ মারিষ !। দুর্য্যোধনোঽপি বিংশত্যা শরাণাং প্রত্যবিধ্যত ॥৮৩॥
তৌ সায়কৈর্ব্বচ্ছন্নাবদৃশ্যেতাং রণাজিরে। মেঘজালসমাচ্ছন্নৌ নভসীবেন্দুভাস্করৌ ॥৮৪॥
অথ দুর্য্যোধনো রাজা ভীমং বিব্যাধ পত্রিভিঃ। পঞ্চভির্ভরতশ্রেষ্ঠ ! তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥৮৫॥

---

পাণ্ডব পক্ষগী পাঞ্চাল সৃঞ্জয় লান্মী পুম্নমক্না হরাউবনা সিংহনাদ কম্ন কম্না লাউনাখি ॥৭৪॥ ওহাক লৈরগা অশ্বত্থামা অসি জ্ঞানতারকতুনা, মথুৎ ওয়না লৌরুংবু খুত্নুম চেৎনা পায়ম্নুনা, লৌরীবু নাকোং মরু ফংনা চিংত্নুনা, যমদণ্ডগী মতোঙ্গুম্না কল্লবা উইরবা, অকিবগী মশক্ ওইরবা তেল অমা ঘটোৎকচগী মপা চুম্না কাপশিল্লকই ॥৭৫-৭৬॥ মহারাজ ! অকিবগী মশক ওইরবা মহু কল্লবা খুৎলায় অত্থু ঘটোৎকচগী থজীন্দগী কাওদৎখিদুনা নাংগল রাংমরোমদা লৈপুংদা মশক উদবমখৈ চওখি ॥৭৭॥ মহারাজ ! লান্দা হৈরবা অশ্বত্থামানা কম্না থাখিবত্নুদা খোইদোক্না কল্লবা ঘটোৎকচ অসি ওহাক তুমিন্না রথমথক্তা ফমথখি ॥৭৮॥ মহারথী ঘটোৎকচ রাক্ষস্রে হায়বসি উবদা মহাক্কী সারথিনা ঘটোৎকচবু রথমথক্তা হাপকৎতুনা লালকম অত্নুদগী খৈদোকখি ॥৭৯॥ অসোমদা, ঘটোৎকচবু জয় তৌরবা অশ্বত্থামানা সিংহনাদ কম্না লাউরকই ॥৮০॥ ভরত-নন্দন মহারাজ ! মতম অত্নুদা কৌরব লাম্মী শিংনা অত্নুগা মহারাজগী নচাঈবুওোশিংনা অশ্ব-থামাবু হম্ন হম্না থাগৎখি। মতম অত্নুদা অশ্বত্থামাসু নুমিৎ মুংবগী নুমিৎকী মতোঙ্গুম্না মশেক মঙাম্ন পুমথল থনখি ॥৮১॥ অমরোমদা ভীমসেননা দ্রোণগী মনাক্ দুরাইদা য়াম্না কম্ন খেংনরিঙৈদা দুর্য্যোধননা চেশিল্লকতুনা ভীমদা খোৎ খোরবং তেম্ন অতং অথম্ লৈতনা থাজিল্লকলে ॥৮২॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ ! মতম অত্নুদা ভীমনা দুর্য্যোধনদা খোৎরবা তেল তরানা থাখি। অত্নুদগী দুর্য্যোধননা তেল কুম্না ভীমসেনদা থারকই ॥৮৩॥ অকনবা, শামান লেংমাম্নবা অনী অসি মশা মশাত্থু তেম্না পুমকুপ কুপনখিত্নুনা নোংমদোম্বক্ত থাত্রাংননা খোকপা, নোংনা কুপশিনৃথবা নুমিৎ থা অনীগী মতোঙ্গুম উখি ॥৮৪॥ ভরত শাগৈগী অখোইবা মহারাজ !

তস্য ভীমো ধনুশ্ছিত্বা ধ্বজঞ্চ দশভিঃ শরৈঃ। বিব্যাধ কৌরবশ্রেষ্ঠং নবত্যা নতপর্ব্বণাম্ ॥৮৬॥
ততো দুর্য্যোধনঃ ক্রুদ্ধো ধনুরন্যদ্মহত্তরম্। গৃহীত্বা ভরতশ্রেষ্ঠো ভীমসেনং শিতৈঃ শরৈঃ।
অপীড়য়দ্রণমুখে পশ্যতাং সর্ব্বধন্বিনাম্ ॥৮৭॥
তান্ নিহত্য শরান্ ভীমো দুর্য্যোধনধনুশ্চ্যুতান্। কৌরবং পঞ্চবিংশত্যা ক্ষুদ্রকাণাং সমার্পয়ৎ ॥৮৮॥
দুর্য্যোধনস্তু সংক্রুদ্ধো ভীমসেনস্য মারিষ!। ক্ষুরপ্রেণ ধনুশ্ছিত্বা দশভিঃ প্রত্যবিধ্যত ॥৮৯॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় ভীমসেনো মহাবলঃ। বিব্যাধ নৃপতিং তূর্ণং সপ্তভির্নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥৯০॥
তদপ্যস্য ধনুঃ ক্ষিপ্রং চিচ্ছেদ লঘুহস্তবৎ। দ্বিতীয়ঞ্চ তৃতীয়ঞ্চ চতুর্থং পঞ্চমং তথা ॥৯১॥
আত্তমাত্তং মহারাজ! ভীমস্য ধনুরচ্ছিনৎ। তব পুত্রো মহারাজ। জিতকাশী মদোৎকটঃ ॥৯২॥
স তদা ছিদ্যমানেষু কার্ম্মুকেষু পুনঃ পুনঃ। শক্তিং চিক্ষেপ সমরে সর্বপারশবীং দৃঢ়াম্ ॥৯৩॥
মৃত্যোরিব স্বসারং হি দীপ্তাং কেতুশিখামিব। সীমন্তমিব কুর্ব্বন্তীং নভসোঽগ্নিসমপ্রভাম্ ॥৯৪॥
অপ্রাপ্তামেব তাং শক্তিং ত্রিধা চিচ্ছেদ কৌরবঃ। পশ্যতঃ সর্ব্বলোকস্য ভীমস্য চ মহাত্মনঃ ॥৯৫॥
(যুগ্মকম্)

---

নচা ঈরৎভো দুর্য্যোধননা ভীমদা খোরবা তেল মঙান থুম্না থারগা "নং ভসি থাডভ্!" হায়না কল্লা লাউরকই ॥৮৫॥ মতম অদুদা শাউরবা ভীমনা তেল তরানা দুর্য্যোধনগী লীরুংগা ফিরানগা কক্‌থৎলগা তেল মরিফুতরানা দুর্য্যোধনদা থাখি ॥৮৬॥ মতম আসদা খোনাফরবা দুর্য্যোধননা য়াম্না শাউখিদুনা মাগী চাউরবা লীরুং অতগী লীরী অতনাকোং মরু কংনা চিংলগা লালফম্ অদুদা লৈরিবা অকনবশিংদুগী মাঙমক্তদা ভীমসেনদা শাথিনা চৈনাখোল পীরক্লে ॥৮৭॥

অদুদগী ওহাক লৈরগা ভীমসেননা, দুর্য্যোধনগী লীরুংদগী পাইথোরকপা তেল মখৈবু থিংদুনা থল্লগা ক্ষুর মচীন্‌শাব, মথৌ শঙলবা তেল্ কুম্নডানা দুর্য্যোধনদা থাজিনখি ॥৮৮॥ ঈকায় থুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! মতম্ অদুদা দুর্য্যোধন অসি য়াম্ন শাউখিদুনা ক্ষুর মচীনশাবা তেল অমনা ভীমগী লীরুংবু কক্‌থৎলগা তেল তরানা ভীমদা কল্ল থাই ॥৮৯॥ অদুদগী ভীমসু অতোপ্প লীরুং অম লোখত্তুনা খোরবা তেল তরেৎনা দুর্য্যোধনদা থাখি ॥৯০॥ মতম্ অদুদা মথুং লোয়রবা, মথুং থুরবা মিত্রং হৈবা নিপা অমগী মতৌগুম্না দুর্য্যোধননা থুনা য়াঙনা ভীমগী লীরুং দুমবুসু ককথৎখি। মতৌঅসুম্না দুর্য্যোধননা, ভীমনা হেক-হেক পায়খৎলক্‌পা অনীশুবা, অহুমশুবা, মরিশুবা, মঙাশুবা লীরুং মখৈ থবৎ থবৎ ককথৎতুনা থাদখি ॥৯১॥ মহারাজ! মতৌ অসুম ভীমনা হেক হেক পায়খৎলক্‌পা লীরুং মখৈ থুদক থুদক্ত দুর্য্যোধননা ককথৎখি ॥৯২॥ লীরুংবু হম্ন হম্না কক্‌খিবসিদা খোইনা শাউরবা ভীমসেন অসি য়োৎনা পুম্‌হৈ ওইনা শারবা লংলবা, শাংলবা, চুম্‌জ্রিং চুম্নবা, খোরবা তা অম দুর্য্যোধন ভম্ন লংশিল্লক্‌লি ॥৯৩॥ যমরাজগী মচন্নুপীগী মতৌগুম্নবী, কেতু কৌবা গ্রহগী শিথামতোল্ মাল্লবী, মৈরিগী মতৌগুম্ পূমঙাল ভাম্ন চাক্লবী তা অদুনা নোংমদোনগী লম্বীবু থিনগাইরকতুনা পাইরকপগী মতাগুম্ পাইরকতুনা মাঙোল্লোমদা হাইজিল্লকপদু

ততো ভীমো মহারাজ ! গদাং গুর্ব্বীং মহাপ্রভাম্ । চিক্ষেপাবিধ্য বেগেন দুর্য্যোধনরথং প্রতি ॥৯৬॥
ততঃ সা সহসা বাহাংস্তব পুত্রস্য সংযুগে । সারথিঞ্চ গদা গুর্ব্বী মমর্দ্দ ভরতর্ষভ ! ॥৯৭॥
পুত্রস্তু তব রাজেন্দ্র ! রথাদ্ধেমপরিস্কৃতাৎ ! । আপুপ্লুবে সহসা যানং নন্দকস্য মহাত্মনঃ ॥৯৮॥
ততো ভীমো হতং মত্বা তব পুত্রং মহারথম্ । সিংহনাদং মহচ্চক্রে তর্জয়ন্নিব কৌরবান্ ॥৯৯॥
তাবকাঃ সৈনিকাশ্চাপি মেনিরে নিহতং নৃপম্ । ততো বিচুক্রুশুঃ সর্ব্বে তে হাহেতি সমন্ততঃ ॥১০০॥
তেষান্তু নিনদং শ্রুত্বা ত্রস্তানাং সর্ব্বযোধিনাম্ । ভীমসেনস্য নাদঞ্চ শ্রুত্বা রাজন্ ! মহাত্মনঃ ॥১০১॥
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা হতং মত্বা সুযোধনম্ । অভ্যবর্ত্তত বেগেন যত্র পার্থো বৃকোদরঃ ॥১০২॥
( যুগ্মকম্ )

পাঞ্চালাঃ কৈকয়া মাৎস্যাঃ সৃঞ্জয়াশ্চ বিশাংপতে ! । সর্ব্বোদ্যোগেনাভিজগ্মু র্দ্রোণমেব যুযুৎসয়া ॥১০৩॥
তত্রাসীৎ সুমহদ্যুদ্ধং দ্রোণস্যাথ পরৈঃ সহ । ঘোরে তমসি মগ্নানাং নিঘ্নতামিতরেতরম্ ॥১০৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে দুর্য্যোধনপরাজয়ে চতুশ্চত্বারিংশদধিক-
শততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

উবদা দুর্য্যোধননা অকনবশিং অমদি ভীমগী মমাঙমক্তদা তা অদুবু দুর্য্যোধননা মতেক অনৌথোক্ল লম্বখাঙদা ককথৎতুনা থাদখি ॥৯৪-৯৫॥ মতম অদুদা, মহারাজ ! মৈথোক্ল শাউরবা ভীমসেননা চাউরবা, লংলবা, লুল্লবা গদা অম লৈ লৈহুনা দুর্য্যোধনগী রথ তম্মা লংশিল্লকই ॥৯৬॥ মহারাজ ! গদা অদুনা পাইশিল্লকতুনা দুর্য্যোধনগী শগোল মরি অদুগা সারথিবু উফুল তানা নৈথাইখি ॥৯৭॥ নিংথৌ অথোইবা ! সনানা লৈতেংবা রথদগী কল্ হেক চোংথদুনা মহাত্মা ওইরবা নন্দক কায়বদুগী রথ মথক্ত থ্,না মাঙনা চোংথৎখি ॥৯৮॥ মহারাজ ! মতম্ অদুদা নচাঈবুত্তো দুর্য্যোধনসি শিয়ে হায়না খন্খিদুনা ভীমনা সিংহনাদ কয় লাউরকই ॥৯৯॥

অদুগা কৌরব লান্মীশিংনসু দুর্য্যোধন হাৎপ্রে হায়না মাগী মাগী পুক্লীংদা চপ্ মান্নবা খল্লখি । অদুনা মন্নামক্ত হাহাকার লাউনদুনা খোঞ্জেল থোক্ল কপ্পখি ॥১০০॥ মহারাজ ! কিরবা কৌরব লান্মীশিংগী অরাবা খোঞ্জেল অদু তাবদা, অদুগা ভীমসেননা লাউরকপা সিংহনাদ অদুবসু তাদুনা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরসু দুর্য্যোধন লৈত্রমাল্লে হায়না খল্দুনা মনাও ভীমসেনগী নাক্ত প্রপ্রপ্ চঙ্শিল্লকই ॥১০১-১০২॥ মহারাজ ! অমম্নোমদা পাঞ্চাল, কৈকয়, মৎস্য, সৃঞ্জয়গী লান্মী পুম্নমক্তা দ্রোণগী মায়কৈদা তকশিল্লকই ॥১০৩॥ অদুগী তুংদা অহিংগী অমম্ব লাজকম্ অদুদা অমগমগ কুপ্তিন্নরবা অকন্ বশিং অদুগী অকিবম্নী মশক্ ওইরবা লাল্লাও অম থোকপ্রে ॥১০৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা "ঘটোৎকচ বধগী" মনুংদা দুর্য্যোধনপরাজয়গী চামনিফুমরিশুবা অধ্যায় লোয়রে ॥ ✕ ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চচত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চামানিফুমঙাশুবা অধ্যায়

( অকনবা লাঙ্লাও )

**সঞ্জয় উবাচ।**

সহদেবমথায়ান্তং দ্রোণপ্রেপ্সুং বিশাংপতে।। কর্ণো বৈকর্ত্তনো যুদ্ধে বারয়ামাস ভারত! ॥১॥
সহদেবস্তু রাধেয়ং বিদ্ধা নবভিরাশুগৈঃ। পুনর্বিব্যাধ দশভির্বিশিখৈর্নতপর্ব্বভিঃ ॥২॥
তং কর্ণঃ প্রতিবিব্যাধ শতেন নতপর্ব্বণাম্। সজ্যঞ্চাস্য ধনুঃ শীঘ্রং চিচ্ছেদ লঘুহস্তবৎ ॥৩॥
ততোঽন্যদ্ধনুরাদায় মাদ্রীপুত্রঃ প্রতাপবান্। কর্ণং বিব্যাধ বিংশত্যা তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৪॥
তস্য কর্ণো হয়ান্ হত্বা শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ। সারথিঞ্চাস্য ভল্লেন দ্রুতং নিন্যে যমক্ষয়ম্ ॥৫॥
বিরথঃ সহদেবস্তু খড়্গাচর্ম্ম সমাদদে। তদপ্যস্য শরৈঃ কর্ণো ব্যধমৎ প্রহসন্নিব ॥৬॥
অথ গুর্ব্বীং মহাঘোরাং হেমচিত্রাং মহাগদাম্। প্রেষয়ামাস সমরে বৈকর্ত্তনরথং প্রতি ॥৭॥
তামাপতন্তীং সহসা সহদেবভুজেরিতাম্। ব্যষ্টম্ভয়চ্ছরৈঃ কর্ণো ভূমৌ চৈনামপাতয়ৎ ॥৮॥

---

**সঞ্জয়না হায়ঃ**—মহারাজ! সহদেবনা দ্রোণ তম্ন চঙশিল্লকপা মতম্সিদা সূর্য্যগী মচা কর্ণনা সহদেববু কম্না খিংহুনা থমখি ॥১॥ মতম্ অদুদা সহদেবনা কর্ণদা থোয়বা তেল্ মাপল্না কম্না থাম্নগা অমুকস্সু তম্না অমনা কম্ন নোচিহন্খি ॥২॥ মতম্ অদুদা শাউরবা, কল্লবা কর্ণনা থোরবা তেল্ চামন সহদেবদা থাখি। খিক্রং হৈবা মীগী মতৌগুম্না কোম্নয়ৈ লৈনা কাপ্তুনা কর্ণনা সহদেবগী লীরী অদু ককথৎখি ॥৩॥ মতম্ অদুদা খুৎলৈ থ্‌রবা সহদেবনা অতোপ্প লীরং তত্পায় পায়খত্তুনা, লীরী থ্‌না য়াওনা হাপতুনা তেল কুম্না কর্ণদা থাখি। মাহুমক অঙকপা থবক অম ওইন থোকখি ॥৪॥

অদুদগী শাউরবা কর্ণনা থোরবা তেল থম থুনা য়াওনা কাপশিল্লকতুনা সহদেবগী শগোল মরি অদু হাৎখি। অদুদগী তা মচীন্শাবা তেল অমনা সহদেবগী সারথিবু মথ্‌াই লোখি ॥৫॥ অদুদগী রথ য়াওদ্রবা সহদেব অসি থুনা য়াওনা থাও চুঙ্গোয় পায়খৎখি। মতম্ অদুদা কর্ণনা নোক্ল নোক্লা সহদেবগী চুঙ্গোয় থাও অনীহুবুসু ককথৎখি ॥৬॥ মতম্ অদুদা সহদেবনা অকিবগী মশক্ ওইরবা, লুল্লবা, সনানা মরক মরক্তা হাঞ্জং য়ৈরবা গদা অম পায়খত্‌না কর্ণ তম্না লাংশিল্লকই ॥৭॥ সহদেবনা লাংঙকপা গদা অদুনা কম্না পাইশিল্লকলবদা কর্ণনা তেল অমনা

গদাং বিনিহতাং দৃষ্ট্বা সহদেবস্ত্বরান্বিতঃ। শক্তিং চিক্ষেপ কর্ণায় তামপ্যস্যাচ্ছিনচ্ছরৈঃ ॥৯॥
অসম্ভ্রান্তস্ততুর্ণমবপ্লুত্য রথোত্তমাৎ। সহদেবো মহারাজ। দৃষ্ট্বা কর্ণং ব্যবস্থিতম্।
রথচক্রং প্রগৃহ্যাজৌ মুমোচাধিরথিং প্রতি ॥১০॥
তদাপতদ্বৈ সহসা কালচক্রমিবোদ্যতম্। শরৈরনেকসাহস্রৈরচ্ছিনৎ সূতনন্দনঃ ॥১১॥
তস্মিংস্তু নিহতে চক্রে সূতজেন মহাত্মনা। বার্য্যমাণস্তু বিশিখৈঃ সহদেবো রণং জহৌ ॥১২॥
তমভিক্রম্য রাধেয়ো মুহূর্ত্তাত্তরতর্ষভ।। অব্রবীৎ প্রহসন্ বাক্যং সহদেবং বিশাংপতে। ॥১৩॥
মা যুধ্যস্ব রণে বীর! বিশিষ্টৈ রথিভিঃ সহ। সদৃশৈর্যুধ্য মাদ্রেয়! বচো মে মা বিশঙ্কিথাঃ ॥১৪॥
অথৈনং ধনুষোঽগ্রেণ তুদন্ ভুয়োঽব্রবীদ্বচঃ। এষোঽর্জ্জুনো রণে যত্তো যুধ্যতে কুরুভিঃ সহ।
অত্র গচ্ছস্ব মাদ্রেয়! গৃহং বা যদি মন্যসে ॥১৫॥
এবমুক্ত্বা তু তং কর্ণো রথেন রথিনাং বরঃ। প্রায়াৎ পাঞ্চালপাণ্ডূনাং সৈন্যানি প্রহসন্নিব ॥১৬॥
বধপ্রাপ্তন্তু মাদ্রেয়ং নাবধীৎ সমরেঽরিহা। কুন্ত্যাঃ স্মৃত্বা বচো রাজন্! সত্যসন্ধো মহারথঃ ॥১৭॥
সহদেবস্ততো রাজন্! বিমনাঃ শরপীড়িতঃ। কর্ণবাক্শল্যতপ্তশ্চ জীবিতান্নিরবিদ্যত ॥১৮॥
আরুরোহ রথঞ্চাপি পাঞ্চালস্য মহাত্মনঃ। জনমেজয়স্য সমরে ত্বরাযুক্তো মহারথঃ ॥১৯॥

---

মাহুবু ভাকথোক্লগা লৈমায় থক্ত তাহনখি ॥৮॥ গদা অদু অরেম্বদা লৈমায়থক্ত তাহন্খিবত্র উবদা সহদেবনা তা অম পায়খত্ুনা কর্ণ তম্না লংঙকই ; অদুবুস্ন কর্ণনা লম্নাখাঙ্দা কক্থত্ুনা থাদখি ॥৯॥ মহারাজ! অদুদগী সহদেবনা রাম্না থুৎলৈ থুনা রাঙনা রথদগী কল্হেক্ চোংথহনা রথগী চাকা অম পায়খত্ুনা কর্ণ রোমদা লংশিল্লকই ॥১০॥ প্রলয়গী মতমগী কালচক্রগুম্বা রথগী চাকা অদুনা কর্ণ তম্ন পাইশিল্লকলবদা মাহুবুস্ন কর্ণনা থোরবা তেল কয়ামরুমনা কক্থত্ুনা থাদখি ॥১১॥ কর্ণনা চাকা অদুবু থিংখিবা অমদি ককথৎখিবদু উবদা সহদেব অসি লাল্কম্ অদু থাদোকতুনা হন্দোকখিগদবগী থোৱাং হেক তৌরকই ॥১২॥ মতম্ অদুদা কর্ণনা নোক্না নোক্না সহদেবগী নাক্তা চঙশিল্লকতুনা অস্মু্না হায়রকই ॥১৩॥ অকনবা! মাদ্রীনন্দন! নং অমুক মীথোই মিহেনবা রথী মহারথীশিংগা অমুক শোক্নরগনুকো। নমান্নবগা থেংনৌ, নংঙোন্দগী কনবা হেনবা হৈব হেনবগা লাম্না ওইদুনা মতুং মনাও থক লাম্নেংনগনু। ঐনা হায়বসে থাজদবা তৌ-লাকনু ॥১৪॥ মতম্ অদুদা, কর্ণনা লীরুং থোংজিনা সহদেবগী মকোক্ত থিত্তুং শোক্লগা হায়রকই "মাদ্রীনন্দন! অর্জ্জুননা কম্ন শোক্নরিবা আসি তাম্না চৎকে চৎথ্রো নত্রগা নংগী লাম্নুংদা পোত্থাজরুরো চৎলো" ॥১৫॥ অসি হায়রম্লগা নোক্না নোক্না কর্ণ অসি মাগী রথ অদুদা কাখত্ুনা পাঞ্চাল অমদি পাণ্ডবলাম্নীশিংনা পৈরিবা মকম্ অদু তাম্ন চৎখি ॥১৬॥ মহারাজ! য়েক্নবা হাৎতম্না, রাশকচেৎপা মহারথী কর্ণনা হাৎপ য়ারবা সহদেববু মমা কুন্তীগী মকম্দা রাশকখিদুগী মতুং ইন্না সহদেববু হাৎখিদে ॥১৭॥ মহারাজ। মতম অদুদা সহদেব অসি তেনগী চৈনানা অন্না অনা কংবগা, কর্ণগী রাহৈগী তেম্ন পানদগী চৈনাগা, থম্মোয় হকচাং অনীমক্তা মুংঙাইখিদবনা মায়থোং লাংশিনখিদুনা মশাগী মপুনশিবু খিকায় তৌজখি ॥১৮॥ মতম্ অদুদা

বিরাটং সহসেনন্তু দ্রোণং বৈ ক্রতমাগতম্। মদ্ররাজঃ শরৌঘেণ চ্ছাদয়ামাস ধন্বিনম্॥২০॥
তয়োঃ সমভবদ্যুদ্ধং সমরে দৃঢ়ধন্বিনোঃ। যাদৃশং হ্যভবদ্রাজন্। জম্ভবাসবয়োঃ পুরা॥২১॥
মদ্ররাজো মহারাজ। বিরাটং বাহিনীপতিম্। আজঘ্নে ত্বরিতস্তূর্ণং শতেন নতপর্ব্বণাম্॥২২॥
প্রতিবিব্যাধ তং মৎস্যো নবভির্নিশিতৈঃ শরৈঃ। পুনশ্চৈব ত্রিসপ্তত্যা ভূয়শ্চৈব শতেন তু॥২৩॥
তস্য মদ্রাধিপো হত্বা চতুরো রথবাজিনঃ। সূতং ধ্বজঞ্চ সমরে শরাভ্যাং সংন্যপাতয়ৎ॥২৪॥
ততো বিস্ফার্য্য নয়নে ক্রোধাদ্দ্বিগুণবিক্রমঃ। মদ্ররাজরথং তূর্ণং ছাদয়ামাস পত্রিভিঃ॥২৫॥
ততো মদ্রাধিপঃ ক্রুদ্ধঃ শতেনানতপর্ব্বণাম্। আজঘানোরসি দৃঢ়ং বিরাটং বাহিনীপতিম্॥২৬॥
সোঽতিবিদ্ধো মহারাজ। রথোপস্থ উপাবিশৎ। কশ্মলঞ্চাবিশত্তীব্রং বিরাটো ভরতর্ষভ॥
সারথিস্তমপোবাহ সমরাচ্ছরবিক্ষতম্॥২৭॥
ততঃ সা মহতী সেনা প্রাদ্রবন্নিশি ভারত॥ বধ্যমানা শরশতৈঃ শল্যেনাহবশোভিনা॥২৮॥
তাং দৃষ্ট্বা বিদ্রুতাং সেনাং বাসুদেবধনঞ্জয়ৌ। প্রায়াতাং তত্র রাজেন্দ্র। যত্র শল্যো ব্যবস্থিতঃ॥২৯॥

---

মমায় ঈচপ্মুক ভাওনা, সুংঙাইতবগা লোয়ননা সহদেব অসি পাঞ্চালগী অকনবা লাম্মী জনমেজয় হায়বদুগী রথ মথক্ত কাখৎখি ॥১৯॥ অমরোমদা লীরুং অচৌবা পায়বা বিরাটনা দ্রোণ ভম্না চঙশিল্লকপা মতমসিদা কল্লবা মদ্ররাজ শল্যনা তেল মনম্ মনম্ কাপশিল্লকতুনা বিরাটপু তেন্না মশাপুম্বা পুম্নমক্ যোমহনখ্রে ॥২০॥

মহারাজ। অমুকৈ জম্ভাসুরগা ইন্দ্রগা থেংনখিবদুগুম্না অকন্‌বা, লীরুং অচৌবা পায়নরবা বিরাট শল্য অনী অসি কন্না থেংনবা হৌখি ॥২১॥ মহারাজ! শল্যনা থুনা য়াঙনা, খুৎলৈ থুনা তেঙ্গা থোংমুনা থৌরবা তেল চামনা বিরাটতা কন্না থাখি ॥২২॥ অদুগী তুংদা বিরাটনা তেল মপান্না শল্যদা থারগা কুন্থ্রামাথোইনা অদুদগী অমুক্ তেল চামনা শল্যদা থাখি ॥২৩॥ শল্যনা বিরাটকী শগোল মরি অদুবু হাৎলগা অদুদগী তেল অনী কাপ্‌শিল্লক্লুনা বিরাটগী সারথীগা ফিরালগা অনীবু লৈমায়থক্তা তুহনখি ॥২৪॥ অদুদগীদি বিরাট অসি শাউবনা মমিত্তা ঈ কাখিহুনা, মমীৎ অনীহু লাওথোক্লুনা, শরুক্ অনী হেন্না অমুক্ শাউগৎখিহুনা তেল মপৈ-মপৈ কাপ্‌শিল্লক্লুনা শল্যবু তেস্তনা পুম্নমক্ যোমহনখ্রে ॥২৫॥ মতম অদুদা থোইনা শাউরবা শল্যনা থৌরবা তেল চামনা বিরাটগী থজীন্দা কন্না থাখি ॥২৬॥ ভরত শাগেগী অথোইবা মহারাজ! বিরাট নিংথৌ অসি শল্যগী থুৎলায়না কন্না পান্‌মনখিহুনা রথ মথক্ত কম্‌থখিহুনা য়ান্না শাথিনা য়াম্থখি। মতম অদুদা সারথী অমা লাকতুনা বিরাটপু রথ মথক্তা হাপ্‌-কত্তুনা লালফম্‌হুদগী অংতোপ্পা মায়কৈ অমদা থৈদোকতুনা পুখি ॥২৭॥ ভরতনন্দন! মতম্ অসিদা লান্দা মমায় পাক্লবা শল্যনা তেন্না মায়গৈ মরি পুম্নমক্ মন্না কাপশিল্লকপা মতমসিদা পাণ্ডব লাম্মীপুম্বা মায়কৈ সন্নাই থঙ্‌দনা কায়থুনা চেন্নরে ॥২৮॥ নিংথৌ অথোইবা! পাণ্ডবলাম্মী

বধ্যমানা মহারাজ! পাণ্ডবেন যশস্বিনা। সৈনিকা স্বপতন্নুর্ব্যাং বাতভগ্না ইব দ্রুমাঃ ॥৩০॥
তেষু তুৎসাদ্যমানেষু ফাল্গুনেন মহাত্মনা। সংপ্রাদ্রবদ্বলং সর্ব্বং পুত্রাণাং তে মহীপতে! ॥৩১॥
শতানীকং শরৈস্তূর্ণং নির্দহন্তং চমূং তব। চিত্রসেনস্তব সুতো বারয়ামাস ভারত! ॥৩২॥
নাকুলিশ্চিত্রসেনস্তু নারাচেনার্দ্দয়দ্ভৃশম্। স চ তং প্রতিবিব্যাধ দশভির্নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥৩৩॥
চিত্রসেনো মহারাজ! শতানীকং পুনর্যুধি। নবভির্নিশিতৈর্বাণৈরাজঘান স্তনান্তরে ॥৩৪॥
নাকুলিস্তস্য বিশিখৈর্বর্ম্ম সন্নতপর্ব্বভিঃ। গাত্রাৎ সংচ্যাবয়ামাস তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৩৫॥
সোঽপেতবর্ম্মা পুত্রস্তে বিররাজ ভৃশং নৃপ।। উৎসৃজ্য কালে রাজেন্দ্র! নির্ম্মোকমিব পন্নগঃ ॥৩৬॥
ততোঽস্য নিশিতৈর্বাণৈর্ধ্বজং চিচ্ছেদ নাকুলিঃ। ধনুশ্চৈব মহারাজ! যতমানস্য সংযুগে ॥৩৭॥
স ছিন্নধন্বা সমরে বিবর্ম্মা চ মহারথঃ। ধনুরন্যন্মহারাজ! জগ্রাহারিবিদারণম্ ॥৩৮॥
ততস্তূর্ণং চিত্রসেনো নাকুলিং নবভিঃ শরৈঃ। বিব্যাধ সমরে ক্রুদ্ধো ভারতানাং মহারথঃ ॥৩৯॥

---

শিংনা কায়হুনা চেন্নবসি উবদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনী অসি শল্যনা লৈরিবা মায়গৈ অদোম্দা প্রপ্রপ্ চঙশিল্লকৃই ॥২৯॥ মহারাজ! মতম অসিদা অর্জ্জুননা কাপশিল্লকৃপা তেল ময়াম্না পান্‌বদা কৌরবলাম্মীশিং অদু নুংশিৎনা ফুবদা তেক্লবা উজাউ ময়াম্না তেকৃথতুথরকপঙম্না লৈমায়থক্ত তুথনখি ॥৩০॥ মহারাজ! লান্দা মহাত্মা ওইরবা অর্জ্জুননা হাচ্চিল্লকৃপা অসিদা কৌরব লাম্মী পুম্বা কায়তুদা চেন্নরকলে ॥৩১॥ ভরতনন্দন! অমরোমদা নকুলগী মচা শতানীকনা কৌরবলাম্মী মপৈবু তক্‌খায়রকৃপা মতমসিদা মগারাজগী নজাঙ্গৈবুঙো চিত্রসেননা শতানীকবু হেক্লিন্‌বা য়াদনা থিংহুনা থমখি ॥৩২॥ শতানীকনা থোরবা য়েৎতুম্মচীন শাবা তেল অমনা চিত্রসেনদা কন্না থাখি। মতম অদুদা চিত্রসেননা থোরবা তেল তরানা শতানীকদা থাখি ॥৩৩॥ মহারাজ! অদুদগী অমুক চিত্রসেননা থোরবা তেল তরানা শতানীকগী মথবাক্তা কন্না থাখি ॥৩৪॥ মতম অদুদা শতানীকনা তেল মপৈ মপৈবু মন্‌ম্ মনম্ কাপশিল্লকতুনা চিত্রসেনগী মশাদা লীৎলিবা কবচ (লালফুরিৎ) অদু মশাদগী মচেৎ মচেৎ থোক্না পাইথোকহনখি। মাঙ্গমক অঙকপা থোদোক অমা ওইনা থোকখি ॥৩৫॥ নিংথৌ অথোইবা, মহারাজ! মতম্ অদুদা নচাঙ্গৈবুঙো কল্লবা চিত্রসেন হায়বসি, মকু হুরবা লিলগী মতৌঙন্না থোইনবু নীঙথিজখি ॥৩৬॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা জয় তৌগে হায়না খল্লগা শতানীকনা চিত্রসেনগী ফিরালগা লীরুংগা অনীবু মতম অমতদা ককথৎখি ॥৩৭॥ মহারাজ! ফিরালগা লীরুংগা কক্‌প্রবা চিত্রসেন অসি থুদক অদুদা য়েক্লবা হাৎঙম্বা কল্লবা উইরবা অতোপ্পা লীরুং অমা পায়থৎখি ॥৩৮॥ অদুগী তুংদা ভরতবংশদা মহারথী অম ওইরিবা চিত্রসেননা থোরবা তেল মাপন্না শতানীকদা

শতানীকোঽথ সংক্রুদ্ধশ্চিত্রসেনস্য মারিষ ! । জঘান চতুরো বাহান্ সারথিঞ্চ নরোত্তমঃ ॥৪০॥
অবপ্লুত্য রথাত্তস্মাচ্চিত্রসেনো মহারথঃ । নাকুলিং পঞ্চবিংশত্যা শরাণামার্দ্দয়দ্বলী ॥৪১॥
তস্য তৎ কুর্ব্বতঃ কর্ম্ম নকুলস্য সুতো রণে । অর্দ্ধচন্দ্রেণ চিচ্ছেদ চাপং রত্নবিভূষিতম্ ॥৪২॥
স ছিন্নধন্বা বিরথো হতাশ্বো হতসারথিঃ । আরুরোহ রথং তূর্ণং হার্দ্দিক্যস্য মহাত্মনঃ ॥৪৩॥
দ্রুপদস্তু সহানীকং দ্রোণপ্রেপ্সুং মহারথম্ । বৃষসেনোঽভ্যয়াত্তূর্ণং কিরন্ শরশতৈস্তদা ॥৪৪॥
যজ্ঞসেনস্তু সমরে কর্ণপুত্রং মহারথম্ । ষষ্ট্যা শরাণাং বিব্যাধ বাহ্বোরুরসি চানঘ ! ॥৪৫॥
বৃষসেনস্তু সংক্রুদ্ধো যজ্ঞসেনং রথে স্থিতম্ । বহুভিঃ সায়কৈস্তীক্ষ্ণৈরাজঘান স্তনান্তরে ॥৪৬॥
তাবুভৌ শরভিন্নাঙ্গৌ শরকণ্টকিনৌ রণে । ব্যভ্রাজেতাং মহারাজ ! শ্বাবিধৌ শললৈরিব ॥৪৭॥
রুক্মপুঙ্খৈঃ প্রসন্নাগ্রৈঃ শরৈশ্ছিন্নতনুচ্ছদৌ । রুধিরৌঘপরিক্লিন্নৌ ব্যভ্রাজেতাং মহামৃধে ॥৪৮॥
তপনীয়নিভৌ চিত্রৌ কল্পবৃক্ষাবিবাদ্ভুতৌ । কিংশুকাবিব চোৎফুল্লৌ ব্যকাশেতাং রণাজিরে ॥৪৯॥

---

কল্লা থাখি ॥৩৯॥ ঐকায় থুম্নবগী মশক ওইরবা মহারাজ ! মতম অদুদা থোইনা শাউরবা শতানীকনা চিত্রসেনগী শগোল মরিগা সারথীগা ককথৎখি ॥৪০॥

মতম অদুদ মহারথী চিত্রসেননা রথ অদুদগী চোংথদুনা তেল কুন্থানা শতানীকদা কল্ল থাখি ॥৪১॥ অস্রন্না অমুক থাগে হায়না হোৎনরিঙৈদা শতানীকনা চিত্রসেনগী মণিমুক্তা-হৎলবা লীরুং অদু থামচেৎশাবা তেল অমনা কক্থৎখি ॥৪২॥ লীরুং ককপ্রবা সারথি শিগ্রবদুদা রথ য়াওদ্রবা মহারথী চিত্রসেন অসি থুনায়াঙনা কৃতবর্ম্মাগী রথদা চেনশিন্দুনা চোংখৎলি ॥৪৩॥ অমরোমদা মহারথী দ্রুপদনা লান্মীশিংগা লোয়ননা দ্রোণতম্না চঙশিল্লকপ মতমদুদা বৃষসেননা তেল চামচামনা খুজিং ওইনা কাপশিল্লক্লুনা দ্রুপদ তম্না প্রপ্রপ চেল্শিল্লকই ॥৪৪॥ পাপ-য়াওদ্রবা মহারাজ ! মতম অসিদা শাউরবা দ্রুপদনিংথৌনা তেল হুক্কুনা কর্ণগী মচা বৃষসেনগী মপান্থোম মরুদা অমদি মথবাক্ত কল্ল থাখি ॥৪৫॥ মতম অদুদা বৃষসেন অসি থোইনা শাউখিদুনা মখীংলাকঙমদবা থোরবা তেল মপৈ অমব অমুক্ত ওইনা কাপশিল্লকপগী মওংদা পুল্লপ্না কাপশিল্লক্লুনা দ্রুপদগী মথবাক্ত কল্ল থাখি ॥৪৬॥ মহারাজ ! মতম অসিদা মখোয় অনীগী মশা অদু ঈনা পুম-লুপ লুপথ্রে । মাগী মাগী মশাদা তেম্ন চপ চপ য়ুংনা হৌদুনা লৈবগুম উথ্রে । তিথং য়াম্না পাল্লবা ঊপান্থী অমমমগুম্ লৈনখি । অদুগা, মখোয় অনীসি অমুক য়েংবদনা মতু য়াম্না পোনা চপ চপ য়ুংনা পানবা শবো অনীগী মতৌগুমথ্রে ॥৪৭॥ সনানা তেম্ন-তেম্নেপানবা থোর থোরবা তেম্না থাবদা মখোয়নীগী লালফূরিৎ অদু শিংগুপ শানা মশাদা মতং-মতং য়াম্বরি । ঈগী থারানা মখোয়নীগী মশাদু পুমচোৎ চোৎথ্রে । মখোয় অনীমক লাল্লাও অদুগী লৈতেংগুম থোক্তদোক্না কজবদুম ওইখি ॥৪৮॥ সনা অহিংবগী মচু মাল্লবা মওং তোঙাল তোঙাল-হোংঙম্ব কল্পবৃক্ষ অনীগী মতৌগুম্না অঙকপমূর্ত্তি পুরবা, দ্রুপদবৃষসেন অনীসি অঙাঙবা মপান্না থম্ন শাৎলবা কুরাও অঠাঙবা

বৃষসেনস্ততো রাজন্ ! দ্রুপদং নবভিঃ শরৈঃ। বিদ্ধা বিব্যাধ সপ্তত্যা পুনরপ্যেভিস্ত্রিভিঃ শরৈঃ ॥৫০॥
ততঃ শরসহস্রাণি বিমুঞ্চন্ বিবভৌ তদা। কর্ণপুত্রো মহারাজ ! বর্ষমাণ ইবাম্বুদঃ ॥৫১॥
ততস্তু দ্রুপদানীকং শরৈশ্ছিন্নতনুচ্ছদম্। সম্প্রাদ্রবদ্রণে রাজন্ ! নিশীথে ভৈরবে সতি ॥৫২॥
প্রদীপৈর্হি পরিত্যক্তৈর্জ্বলদ্ভিস্তৈঃ সমন্ততঃ। ব্যরাজত মহী রাজন্ ! বীতাভ্রা দ্যৌরিব গ্রহৈঃ ॥৫৩॥
তথাঙ্গদৈর্নিপতিতৈর্ব্যরাজত বসুন্ধরা। প্রাবৃট্কালে মহারাজ ! বিদ্যুদ্ভিরিব তোয়দঃ ॥৫৪॥
ততঃ কর্ণসুতত্রস্তা সোমকা বিপ্রদুদ্রুবুঃ। যথেন্দ্রভয়বিত্রস্তা দানবাস্তারকাময়ে ॥৫৫॥
তেনার্দ্দ্যমানাঃ সমরে দ্রবমাণাশ্চ সোমকাঃ। ব্যরাজন্ত মহারাজ ! প্রদীপৈরবভাসিতাঃ ॥৫৬॥
তাংস্তু নির্জিত্য সমরে কর্ণপুত্রো ব্যরোচত। মধ্যন্দিনমনুপ্রাপ্তো ঘর্ম্মাংশুরিব ভারত ! ॥৫৭॥
তেষু রাজসহস্রেষু তাবকেষু পরেষু চ। এক এব জ্বলংস্তস্থৌ বৃষসেনঃ প্রতাপবান্ ॥৫৮॥
স বিজিত্য রণে শূরান্ সোমকানাং মহারথান্। জগাম ত্বরিতস্তত্র যত্র রাজা যুধিষ্ঠিরঃ ॥৫৯॥

---

পাম্বী অনীগী মতৌগুম উথি ॥৪৯॥ মহারাজ ! মহারাজ ! মতম অসিদা বৃষসেননা তেলমাপল্লা দ্রুপদনিংথৌদা থাবগা, অদুদগী অমুক হুম্ফ্‌তরানা থারগা অমুকন্থু খুৎলৈথুনা খোৎবা তেল অহুমা কপ্ল থাখি ॥৫০॥ মহারাজ ! মতম অসিদা বৃষসেন অসি, নোংচুপবগুম্মা অতৎ অথম লৈতন মনম মনম কাপশিল্লকপদুদা নোংমরীমরী থাদরকপা-চুথহল্লকপ পাক্লবা মুরবা নোং মতুম অমগী মতৌগুম্মা খোইদোক্লা নীঙথিজখি ॥৫১॥ মহারাজ ! অমম্বা অহিং অদুনা অস্থমস্থুম লৈশিল্লকলবদা দ্রুপদগী মশা অদু শিংগুপশানা ঈহংনাইহং শাজিল্লক্লবগুদা, অদুগা লাম্মীশিং অদুগী লালগী খুৎলায় ফিজেৎপুম্বা তচ্ছিল্লকলবদুদা লাম্মীশিংদু কায়দুনা গুম চেম্বরে ॥৫২॥ মহারাজ ! লাম্মীশিংদুগী মখুত্ত পায়নরম্বা মৈরাশিং অদু মখুৎমখুত্তগী নাম্থাখদুনা লালকম্ লৈমায়থক্ অদুনা মকম্ মকমদা থাউমৈ অমমম্ খিনবগুম্ পুমঙাল্ পুমঙাল ঙায় চাকুপা হৌরকুলে মতম অদুদা লালকম্ অদু থেংলবা অহিংগী, নোংথাংদ্রবা, গ্রহশিংনা পুমঙাল ঙাল্লবা নোংমদোন্ মতৌগুম অকিব কংনা নীঙথিজখি ॥৫৩॥ মতৌ অস্থুম্মা মহারাজ ! বর্ষামতমগী নোংথাংগা লোয়ননা ভগুপ তরেংবা নোংমচেৎ অমমমগুম্মা, সনালুপা মণিমুক্তা মপাক মপাক অদুনা লালকম-লাইরেম্বীগী লৈতেং ওইখি ॥৫৪॥ অদুগী তুংদা, মমাঙৈদা তারকাসুরগী লান্দা দানবশিংনা ইন্দ্রবু কিবদগী চেনখদুগুম সোমকলাম্মীশিং অদু বৃষসেনবু কিবদগী লালকম থাদোক্ত্না পঙচেস্তচেম্নরকলে ॥৫৫॥ বৃষসেননা নৈথায়ন্নকপসিদা পাণ্ডবপক্ষগী সোমককীলাম্মী ময়ায়া চেম্নবদু থাউমৈমৈঙাল মরক অদুদা মচাতানা তরুতরুনা অদুম মউই ॥৫৬॥ মহারাজ ! মাদুগী নুমিৎকী লান্দা বৃষসেন অসি জয় ওইদুনা মশেক মঙায় থল্লবা মধ্যাহ্নগী নুমিৎকী মতৌগুম থোইনা নীঙথিজখি ॥৫৭॥

মহারাজ ! কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমকী লাম্মী নিংথৌ চাম চামগী লিশিং লিশিংগী মরক্তা মাদুগী নুমিত্তা বৃষসেন তদি মশেক মঙাম্না পূমথলথম্না লৈবা উখি। অতৈদি লোইনা কাহৎপ্রে ॥৫৮॥ অদুগী তুংদা বৃষসেনন' সোমক লাম্মীশিংগী মনুংদা অকনবা মহারথী কয়াকয়া

প্রতিবিন্ধ্যমথ ক্রুদ্ধং প্রদহন্তং রণে রিপূন্। দুঃশাসনস্তব সুতঃ প্রত্যগচ্ছন্মহারথঃ ॥৬০॥
তয়োঃ সমাগমো রাজন্! চিত্ররূপো বভূব হ। ব্যপেতজলদে ব্যোম্নি বুধভাস্করয়োরিব ॥৬১॥
প্রতিবিন্ধ্যন্তু সমরে কুর্ব্বাণং কর্ম্ম দুষ্করম্। দুঃশাসনস্ত্রিভির্বাণৈর্ল্ললাটে সমবিধ্যত ॥৬২॥
সোঽতিবিদ্ধো বলবতা তব পুত্রেণ ধন্বিনা। বিররাজ মহারাজ! সশৃঙ্গ ইব পর্ব্বতঃ ॥৬৩॥
দুঃশাসনন্তু সমরে প্রতিবিন্ধ্যো মহারথঃ। নবভিঃ সায়কৈর্বিদ্ধা পুনর্বিব্যাধ সপ্তভিঃ ॥৬৪॥
তত্র ভারত! পুত্রস্তে কৃতবান্ কর্ম্ম দুষ্করম্। প্রতিবিন্ধ্যহয়ানুগ্রৈঃ পাতয়ামাস যচ্ছরৈঃ ॥৬৫॥
সারথিঞ্চাস্য ভল্লেন ধ্বজঞ্চ সমপাতয়ৎ। রথঞ্চ তিলশো রাজন্! ব্যধমত্তস্য ধন্বিনঃ ॥৬৬॥
পতাকাশ্চ সতূণীরা রশ্মীন্ যোক্ত্রাণি চ প্রভো!। চিচ্ছেদ তিলশঃ ক্রুদ্ধঃ শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ॥৬৭॥
বিরথঃ স তু ধর্ম্মাত্মা ধনুষ্পাণিরবস্থিতঃ। অযোধয়ত্তব সুতং কিরন্ শরশতান্ বহুন্ ॥৬৮॥
ক্ষুরপ্রেণ ধনুস্তস্য চিচ্ছেদ তনয়স্তব। অথৈনং দশভির্বাণৈশ্ছিন্নধন্বানমার্দ্দয়ৎ ॥৬৯॥

---

অদুগ তৌরম্লগ: যুধিষ্ঠিরনা য়াম্না কম্না লাম্থোংনহুনা লৈরিবা মকম অদু তাম্ল প্রপ্রপ্ চঙশিনখি ॥৫৯॥ মহারাজ! অমরোমদা যুধিষ্ঠিরগী মচা প্রতিবিন্ধ্যনা য়াম্না কম্না য়েরুবশিংবু নৈথাইহুনা লৈরিবা মকম্ অদু তাম্লা মহারাজগী নচাঙ্গৈবুঙো দুর্য্যোধন অসি প্রপ্রপ চঙশিনখি ॥৬০॥ মহারাজ! নোং মনা অমত্ত লৈত্ত্রবা আকাশদা বুধগা সূর্য্যগা অনী থাত্রাংননা পোকপগুম্না মতম অসিদা প্রতিবিন্ধ্যগা দুর্য্যোধনগা অনী অসি অঙকপা অকিবা ফংনা কম্না থেংনখি ॥৬১॥ প্রতিবিন্ধ্যনা লান্দা অঙকপা থবক মথং মথং তৌরকপা মতমসিদ দুঃশাসননা থোরবা তেল অহুম্না মরায়বক্ত থাখি ॥৬২॥ মতম অসীদা কল্লবা দুঃশাসনগী তেলহুনা পানবদা প্রতিবিন্ধ্য অসি য়েংবদা চীঙদোল অহুম লোঙলবা চীংজাও অমগী মতোঙুম্না উখি ॥৬৩॥ মতম অহুদা থোইনা শাউরবা প্রতিবিন্ধ্য থোরবা তেল মাপন্না অহুগা অমুকশু তেল তরেৎনা দুঃশাসনদা থাখি ॥৬৪॥ ভরতনন্দন! মতম অসিদা দুঃশাসননা প্রতিবিন্ধ্যগী শগোল মরিবু হাৎখিহুনা অঙকপা থবক অম পাংথোকখি ॥৬৫॥ অদুগা মহারাজ! নচাঙ্গৈবুঙো দুঃশাসননা প্রতিবিন্ধ্যগী সারথিবু তামচীনশাবা তেল অমনা হাৎলগা অদুদগী অমুক তা অমনা ফিরালবু ককতুনা থাদরগা কল্লবা মহারথী ওইরবা প্রতিবিন্ধ্যদুগী রথ অদুবুসু উফুল মরিক মরিক থোক্না পোইদিং মথায় মথায় মুক্ত চাউনা ককথৎখি ॥৬৬॥ অদুদগী অমুক্ থোইনা শাউরবা দুঃশাসননা থোরবা তেল মপৈ অমনা প্রতিবিন্ধ্যগী ফিরাল্, তেন্দোং, শগোল চুপ্লী শগোলগী মবুক্ত মথাদা য়েংপা লাকপা ফজ ফজরবা ফি থৌরীশিং অদু মতুপ মতুপ মচেৎ মচেৎ থোক্না ককথৎতুনা থাদখি ॥৬৭॥ অদুবু মহাত্মা ওইরবা প্রতিবিন্ধ্যনা অতোপ্পা লীরুং অম পায়থৎতুনা তেকথ্রবা কায়থ্রবা রথ ময়া অহুদা অদুম লৈহুনা তেল মনম্ মনম্ কাপশিল্লকতুনা দুঃশাসনগা কম্না থেংনখি ॥৬৮॥ মতম অহুদা মহারাজ! মহারাজগী নচাঙ্গৈবুঙো দুঃশাসননা প্রতিবিন্ধ্যগী লীরুং অদুবু ককথৎখি। অদুদগী তেল তরা

তং দৃষ্ট্বা বিরথং তত্র ভ্রাতরোঽস্য মহাত্মনঃ । অভ্যবর্ত্তন্ত বেগেন মহত্যা সেনয়া সহ ।৭০।
আপ্লুতঃ স ততো যানং সুতসোমস্য ভারত । ধনুর্গৃহ্য মহারাজ ! বিব্যাধ তনয়ং তব ।৭১।
ততস্তু তাবকাঃ সর্ব্বে পরিবার্য্য সুতং তব । অভ্যবর্ত্তন্ত সংগ্রামে মহত্যা সেনয়া বৃতাঃ ।৭২।
ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং তব তেষাঞ্চ ভারত ! । নিশীথে দারুণে কালে যমরাষ্ট্রবিবর্দ্ধনম্ ।৭৩।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে সঙ্কুলযুদ্ধে পঞ্চচত্বারিংশদধিক-
শততমোঽধ্যায়ঃ ।০। *

——(:0:)——

---

অমনা মতোন্দা কল্লা থাখি ॥৬৯॥ প্রতিবিন্ধ্যনা রথ য়াওদনা লৈবসি উবদা মাগী মনাও মহারথী শিংনা লান্মী মপৈ মপৈগা লোয়ননা চেলশিল্লকতুনা প্রতিবিন্ধ্যগী তুংদা ঙাকশেন্দুনা লেপথি ॥৭০॥ মহারাজ ! মতম অসিদা প্রতিবিন্ধ্যনা ভীমসেনগী মচা সুতসোমগী রথদা চোখৎখিদুনা, লৗরুং পায়খৎতুনা দুঃশাসনদা অতৎ অথম লৈতনা কাপশিল্লকলে ॥৭১॥ মহারাজ ! অদুদগী কৌরব লান্মীশিংনসু দুঃশাসনবু কোয়শিনুনা ঙাক্ শেন্দুনা লৈখি । অদুদগী প্রতিবিন্ধ্যগা দুঃশাসনগা অনীগী অকনবা লান্থাও অম থোকপ্রে ॥৭২॥ ভরতনন্দন ! অহিং অদুদা অনীসিগী লান্থাও অসি যমপুরগী প্রজামশীং মীকুপ মীকুপ্ত হেনগৎননবগী মশক ওইখি ॥৭৩॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা ঘটোৎকচ বধগী মনুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী চামনিফুমঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ।

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ষট্চত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চামনিকুতরুকশুবা অধ্যায় ।

( অকনবা লাম্লাও )

### সঞ্জয় উবাচ

নকুলং রভসং যুদ্ধে নিঘ্নন্তং বাহিনীং তব । অভ্যয়াৎ সৌবলঃ ক্রুদ্ধস্তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥১॥
কৃতবৈরৌ তু তৌ বীরাবন্যোন্যবধকাঙ্ক্ষিণৌ । শরৈঃ পূর্ণায়তোৎসৃষ্টৈরন্যোন্যমভিজঘ্নতুঃ ॥২॥
যথৈব নকুলো রাজন্ । শরবর্ষাণ্যমুঞ্চত । তথৈব সৌবলশ্চাপি শিক্ষাং সংদর্শয়ন্ যুধি ॥৩॥
তাবুভৌ সমরে শূরৌ শরকণ্টকিনৌ তদা । ব্যরাজেতাং মহারাজ । কণ্টকৈরিব শাল্মলী ॥৪॥
সুজিহ্মং প্রেক্ষমাণৌ চ রাজন্ বিবৃতলোচনৌ । ক্রোধসংরক্তনয়নৌ নির্দ্দহন্তৌ পরস্পরম্ ॥৫॥
স্যালস্তব সংক্রুদ্ধো মাদ্রীপুত্রং হসন্নিব । কর্ণিনৈকেন বিব্যাধ হৃদয়ে নিশিতেন হ ॥৬॥
নকুলস্তু ভৃশং বিদ্ধঃ স্যালেন তব ধন্বিনা । নিষসাদ রথোপস্থে কশ্মলঞ্চাবিশন্মহৎ ॥৭॥
অত্যন্তবৈরিণং দৃপ্তং দৃষ্ট্বা শত্রুং তথাবিধম্ । ননাদ শকুনীরাজন্ । তপান্তে জলদো যথা ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ । নকুলনা নাকল অমদা কৌরবলাশ্মীশিংবু নৈথাইরকপা মতম-সিদা শকুনিনা "ভসিদি থাঙু, লৈরম্মু" হায়হুনা নকুল তম্ম প্রপ্রপ চেলশিল্লকই ॥১॥ মমাঙৈদগী য়েক্লবা কুইনা ওইরক্লবা নকুল শকুনি অনী অসি অমন অমবু হাৎকে হায়না থম্মখিহুনা মাগী মাগী লীরুংবু নাকোং মরু ফংনা চিংনহুনা অমনা অমদা কম্ম কম্ম থানরকলে ॥২॥ মহারাজ ! মাগী মাগী বিদ্যা উৎনহুনা নকুলনা কম্ম থ,না থাজিল কাপশিল্লকপা অদুপ শকুনিনস্মু থাজিল কাপশিল্লকই ॥৩॥ মহারাজ ! মতম অসিদা অনী অসি তেম্মা মশাদা মুং-মুংহুনা লৈবদুদা, মথোঙদগী মতোল কাওবা তিংখংঙাক্ত ঙায়রবা রাংচাউরবা তেরা পাম্বী অনীগুম থাব্রাংননা হোঙ্হুনা লৈবগুম উনখি ॥৪॥ মতম অদুদা নকুলগা শকুনিগা অনী অসি ঈ কাররা মাগী মাগী মীৎ অনীনীহু ওনথৎনহুনা, মিৎলু কোয়রৈ লৈনহুনা অমন অমবু চাকথেক্কদবগী—চাথোক্কদবগী মতৌগুম থানা য়েংহুনা লৈনখি ॥৫॥ মহারাজ ! মতম অসিদা নশেল ঈবুংো শকুনিনা খোৎবা থাংদোল মচীন মানবা তেল অমনা নোক্ক-নোক্ক নকুলগী মথবাক্ত কম্ম থাখি ॥৬॥ লীরুং অচৌবা পায়রবা কল্লবা শকুনিনা কাপ্প তেল অসিনা থুম্ম পানখিহুনা নকুল অসি য়াম্ম কুইনা শাখিনা অ্জান তাদনা রাম্বহুনা লৈখি ॥৭॥ মহারাজ ! য়াম্ম কম্ম য়েংখিনরবা, নাপল তৌরব থোইরব নকুলনা রাম্বহুনা

প্রতিলভ্য ততঃ সংজ্ঞাং নকুলঃ পাণ্ডুনন্দনঃ। অভ্যয়াৎ সৌবলং ভূয়ো ব্যাত্তানন ইবান্তকঃ ॥৯॥
স ক্রুদ্ধঃ শকুনিং ষষ্ট্যা বিব্যাধ ভরতর্ষভ।। পুনশ্চৈনং শতেনৈব নারাচানাং স্তনান্তরে ॥১০॥
অথাস্য সশরং চাপং মুষ্টিদেশেঽচ্ছিনত্তদা। ধ্বজঞ্চ ত্বরিতং ছিত্বা রথাদ্ভূমাবপাতয়ৎ ॥১১॥
সোঽতিবিদ্ধো মহারাজ। রথোপস্থ উপাবিশৎ। ধ্বজযষ্টিং পরিশ্লিষ্য কামিনীং কামুকো যথা ॥১২॥
তং বিসংজ্ঞং নিপতিতং দৃষ্ট্বা স্যালং তবানঘ।। অপোবাহ রথেনাশু সারথির্ধ্বজিনীমুখাৎ।

ততঃ সঞ্চুক্রুশুঃ পার্থা যেচ তেষাং পদানুগাঃ ॥১৩॥

নির্জ্জিত্য তং রণে শত্রুং নকুলঃ শত্রুতাপনঃ। অব্রবীৎ সারথিং ক্রুদ্ধো দ্রোণানীকায় মাং বহ ॥১৪॥
তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা মাদ্রীপুত্রস্য ধীমতঃ। প্রায়াত্তেন রণে রাজন্! যেন দ্রোণোঽন্বযুধ্যত ॥১৫॥
শিখণ্ডিনন্তু সমরে দ্রোণপ্রেপ্সুং বিশাংপতে! কৃপঃ শারদ্বতো যত্তঃ প্রত্যগচ্ছৎ সুবেগতঃ ॥১৬॥
গৌতমং দ্রুতমায়ান্তং দ্রোণান্তিকমরিন্দমম্। বিব্যাধ নবভির্ভল্লৈঃ শিখণ্ডী প্রহসন্নিব ॥১৭॥
তমাচার্য্যো মহারাজ বিদ্ধা পঞ্চভিরাশুগৈঃ। পুনর্বিব্যাধ বিংশত্যা পুত্রাণাং প্রিয়কৃত্তব ॥১৮॥

---

মৈংন্দু উবদা শকুনিনা নোং থাকপা খোংবগুম্ খোঞ্জেল্ হৌনা সিংহনাদ লাউখি ॥৮॥ অদুদগী জ্ঞান তারক্লবা তুংদা নকুলনা ময়াকাথোক্তুনা পাইশিল্লকলবা যমরাজগী মতৌগুম শকুনি তম্ব যুভিল্লবই ॥৯॥ ভরত শাগেগী অথোইবা! মহারাজ! থোরবা তেল হুম্ফূনা শকুনিদা থারগা নকুলনা অমুক্ য়েত্তুমমচীন মানবা তেল চামনা শকুনিগী মথবাক্ত থাখি ॥১০॥ অদুগী তুংদা নকুলনা শকুনিগী লৈরুং অদু খুদুম মথক্মক্তদ থবৎ ককথৎখি। অদুদগী ফিরাল অদুবুস্থ ককথত্তনা থাদখি ॥১১॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা শকুনি অসি নুপীনহাগা কাহেম্ন তিম্নখোৎন-নীঙলবা নিপানা য়াম্ন তিম্ন খোৎননীঙলবী অমবু চেচেৎনা কোনশিনবগুম্ন ফিরাল চৈখোক্ অদু চেচেৎনা কোন্শিন্দুনা লৈখি ॥১২॥

পাপয়াওব্রবা মহারাজ! নশেল্ ঈবুঙো শকুনি অসিনা রাম্থখিবদু উবদা সারথিনা মাবু রথ মথক্ত হাপতুনা লালকমদগী লপ্প থৈদোকখি। মাদু উবদা পাণ্ডবলাম্মী পুম্বা হরাউ দুংঙাইখিবনা লাউখোংখি ॥১৩॥ শকুনিবু জয় তৌরবা তুংদা কল্লবা নকুলনা "দ্রোণনা লৈরিবা অসোম্দা রথ অসি থৌজিল্লু"—অদুম্না সারথিদা হায়রক্ই ॥১৪॥ মহারাজ! হৈশিংলব কল্লবা নকুলগী রা তাংদা সারথিনা রথ অদু দ্রোণনা লৈরিবা অদোম্দা থুনা য়াঙনা থৌজিন্থি ॥১৫॥ অমরোম্দা শিখণ্ডীস্থ দ্রোণ তম্না থৌজিল্লক্ই। মতম্ অদুদা শরদ্বানগী মচা কৃপনা থুনা য়াঙনা চঙ্শিল্লক্তনা শিখণ্ডীবু থিংখি ॥১৬॥ মতম্ অদুদা থোইদোক্ত শাউরবা শিখণ্ডীনা, কল্লবা কৃপাচার্য্যনা চঙ্শিল্লকপদু উবদা, তা মচীন্ শাবা থোরবা তেল্ অমনা কৃপাচার্য্যদা কপ্পা থাখি ॥১৭॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা মহারাজগী নচাঈবুঙোশিংগী কননবত থল্লবা কৃপাচার্য্যনা তেল মঙানা

মহদ্যুদ্ধং তয়োরাসীদুগ্ররূপং ভয়ানকম্। যথা দেবাসুরে যুদ্ধে শম্বরামররাজয়োঃ ॥১৯॥
শরজালাবৃতং ব্যোম চক্রতুস্তৌ মহারথৌ। মেঘাবিব তপাপায়ে বীরৌ সমরদুর্ম্মদৌ।
প্রকৃত্যা ঘোররূপং তদাসীদ্ঘোরতরং পুনঃ ॥২০॥
রাত্রিশ্চ ভরতশ্রেষ্ঠ! যোধানাং যুদ্ধশালিনাম্। কালরাত্রিনিভা হ্যাসীদ্ঘোররূপা ভয়াবহা ॥২১॥
শিখণ্ডী তু মহারাজ। গৌতমস্য মহদ্ধনুঃ। অর্দ্ধচন্দ্রেণ চিচ্ছেদ সজ্যং সবিশিখং তদা ॥২২॥
তস্য ক্রুদ্ধঃ কৃপো রাজন্। শক্তিং চিক্ষেপ দারুণাম্। স্বর্ণদণ্ডামকুণ্ঠাগ্রাং কর্ম্মারপরিমার্জিতাম্ ॥২৩॥
তামাপতন্তীং চিচ্ছেদ শিখণ্ডী বহুভিঃ শরৈঃ। সাপতন্মেদিনীং দীপ্তা ভাসয়ন্তী মহাপ্রভা ॥২৪॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় গৌতমো রথিনাং বরঃ। প্রাচ্ছাদয়চ্ছিতৈর্বাণৈর্মহারাজ। শিখণ্ডিনম্ ॥২৫॥
স ছাদ্যমানঃ সমরে গৌতমেন যশস্বিনা। ন্যষীদত রথোপস্থে শিখণ্ডী রথিনাং বরঃ ॥২৬॥
সীদন্তঞ্চৈনমালোক্য কৃপঃ শারদ্বতো যুধি। আজঘ্নে বহুভির্বাণৈর্জিঘাংসন্নিব ভারত। ॥২৭॥
বিমুখন্তু রণে দৃষ্ট্বা যাজ্ঞসেনিং মহারথম্। পাঞ্চালাঃ সোমকাশ্চৈব পরিবব্রুঃ সমন্ততঃ ॥২৮॥

---

শিখণ্ডীদা থারগা অস্ত্রদগী খোরবা তেলকুম্না অমুক কন্না থাজিন্খি ॥১৮॥ মমাঙৈদা, লাইহিংচাবগী লান্দা ইন্দ্রগা শম্বরাসুরগা অকিব কংনা থেংনখিবত্রুগুম্না শিখণ্ডীগা কৃপাচার্য্যগা অনী অসি শোক্লখি ॥১৯॥ শিখণ্ডী-কৃপাচার্য্য কল্লবা অনীসিনা মুরথা নোং মপাক্ অনীগী মতৌগুম্না লালকম্ অস্ত্রদা লৈজ্জুনা নোংমদোম অসি তেস্তনা পূম্নম্ মম্ন কূপ্‌শিনহনখ্রে। অস্ত্রদগীদি লাল্লাও অত্র হান্নদগী হেন্না তম্খিনা অকিবগী মশক্ কংব হেঞ্জিল্লকলে ॥২০॥ অস্ত্রদগীদি মহারাজ! মাস্তুগী অহিং অত্র প্রলয় ওইরম্দাইগী জগৎ পূম্বু লৌশিল্‌খিদৌরিবী কালরাত্রি হায়বত্রুগী মশক ওইখ্রে ॥২১॥ মহারাজ! মতম্ অস্ত্রদা শিখণ্ডীনা থা মচেৎ শাবা তেল অমনা কৃপাচার্য্যগী লীরুং অত্রবু লীগীপা লোয়ননা ককথৎখি ॥২২॥ মহারাজ! মতম্ অস্ত্রদা কৃপাচার্য্য অসি থোইনা শাউখিত্রনা সনানা মখোক পাল্লবা, লংলবা, য়োথৌনা মথৌ শগুলবা অকিবগী মশক ওইরবা তা অম পায়রত্রুনা মাস্তুবু শিখণ্ডীরোমদ কন্না লংশিল্লকই ॥২৩॥ পাইশিল্লকলিবা তা অত্রবু শিখণ্ডীনা লম্নথাগুদা থোরগা তেন্না মতুপ্‌ কয়ামুক থোক্লা ককথত্রুনা লৈমায়থক্ত থাদখি। তা মতেকশিং অত্র লৈমায়থক্ত মৈবুল অমমম্গী মতৌগুম্ ঈরং ঈরং লংনা য়ুং য়ুংত্রুনা লৈখি ॥২৪॥ মহারাজ! রথী অথোইবা কৃপনা অতোপ্পা লীরুং অম পায়খৎত্রুনা তেল মনম্ মনম্ কাপশিল্লক্‌না শিখণ্ডীগী মথাপুম্বা তেন্না পূমকূপ্‌ কূপ্‌শিনহনখ্রে ॥২৫॥ মিংচৎ চাউরবা কৃপাচার্য্যনা অস্তুম্না আক্রমণ তৌশিকল্লপত্রুদা শিখণ্ডী অসি থোগুকম্ লেগুদনা রথ মথক্ অস্ত্রদা জ্ঞান মাংলপ তৌনা ফম্ত্রুনা লৈখি ॥২৬॥ শিখণ্ডীনা জ্ঞান মাগুত্রুনা ফম্থত্রুনা লৈখিবসি উবদা কৃপনা মহাকপু মহাৎলগে হায়না খন্দুনা তেল মনম্ মনম্ কাপ্‌শিল্লকই ॥২৭॥ শিখণ্ডীনা মতৌ অস্তুম্না লান্দা মায়খীবা কংগদবা মতা অসি উবদা

তথৈব তব পুত্রাশ্চ পরিবব্রুর্দ্বিজোত্তমম্। মহত্যা সেনয়া সার্দ্ধং ততো যুদ্ধমবর্ত্তত ॥২৯॥
রথিনাঞ্চ রণে রাজন্নন্যোন্যমভিধাবতাম্। বভুব তুমুলঃ শব্দো মেঘানাং নদতামিব ॥৩০॥
দ্রবতাং সাদিনাঞ্চৈব গজানাঞ্চ বিশাংপতে।। অন্যোন্যমভিতো রাজন্! ক্রূরমায়োধনং বভৌ ॥৩১॥
পত্তীনাং দ্রবতাঞ্চৈব পাদশব্দেন মেদিনী। অকম্পত মহারাজ! ভয়ত্রস্তেব চাঙ্গনা ॥৩২॥
রথা রথান্ সমাসাদ্য প্রদ্রুতা বেগবত্তরম্। ন্যগৃহ্ণন্ বহবো রাজন্! শলভান্ বায়স ইব ॥৩৩॥
তথা গজান্ প্রভিন্নাংশ্চ সুপ্রভিন্না মহাগজাঃ। তস্মিন্নেব পদে যত্তা নিগৃহ্ণন্তি স্ম ভারত! ॥৩৪॥
সাদী সাদিনমাসাদ্য পত্তয়শ্চ পদাতিনম্। সমাসাদ্য রণেঽন্যোন্যং সংরব্ধা নাতিচক্রমুঃ ॥৩৫॥
ধাবতাং দ্রবতাঞ্চৈব পুনরাবর্ত্ততামপি। বভুব তত্র সৈন্যানাং শব্দঃ সুবিপুলো নিশি ॥৩৬॥
দীপ্যমানাঃ প্রদীপাশ্চ রথবারণবাজিষু। অদৃশ্যন্ত মহারাজ। মহোল্কা ইব খাচ্চ্যুতাঃ ॥৩৭॥
সা নিশা ভরতশ্রেষ্ঠ! প্রদীপৈরবভাসিতা। দিবসপ্রতিমা রাজন্! বভুব রণমূর্দ্ধনি ॥৩৮॥
আদিত্যেন যথা ব্যাপ্তং তমো লোকে প্রণশ্যতি। তথা নষ্টং তমো ঘোরং দীপৈর্দীপ্তৈরিতস্ততঃ ॥৩৯॥

---

সোমক অহুগা পাঞ্চাল লাম্নীশিংনা শিখণ্ডীবু কন্‌গে হায়বগীদমক মতোন্দা পূমকোয় কোয়শিল্লম্মে ॥২৮॥ মহারাজ। অহুদগীদি নচাঈবুঙোশিং অহুগা কৌরবলাম্নীশিংনা কৃপবু ঙাক্‌শেনগে হায়বগী-দমক—চঙশিল্লক্কুনা পূমকোয় কোযাশনখি ॥২৯॥

মহারাজ! মতম্ অহুদা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমক্কী লাম্নীশিং অসি মাগী মাগী মপা য়েংয়েংহুনা তকশিন্নরকই। লাম্না মপৈ অনীসি বর্ষাগী মুয়বা নোং মপাক্ অনীগুম্না নোংম-দোনগী মশক ওইরবা লালফম্ অহুদা থোংন ভংনখি ॥৩০॥ মহারাজ! শগোল তোংবা শাম্ তোংবা লাম্নীশিং অহুনা কাতূ কারল চেন্‌শিন্নরক্‌পহুদা লাল অহু থোইদোক্না অকিবগী মশক ওইরবা মূর্ত্তি অম পুখি ॥৩১॥ মহারাজ! মখোঙ য়াঙলবা, শাফু কল্লবা খোঙমীশিং অহুনা মখোঙ অহু কন্না কন্না থাহুনা শাফু কন্না চেলশিল্লকৃপা মতমসিদা পৃথ্বী মাতা অসি থক্ থক নীকই ॥৩২॥ মহারাজ! পক্ষ অমগী রথীশ'না য়েরুব পক্ষ অমগী রথী মপৈ হেক ফংবদা মপৈ অমনা মপৈ অমহুবু ক্বাক মপৈ অমনা কৌজেং হারৌ মপৈবু লাকথু লাকথুনা তান্নবা মশা;না কৃথবহুগুম্না নৈবা হোয়কলে ॥৩৩॥ ভরতনন্দন। মতৌ অসিগুম্না ময়ায় কা'য়বা মচুম তারবা শামুশিংনসু অতোপ্পা পক্ষগী শামুশিং অহুদা চোংশিন চোংশিন্না য়াথিন্নরকলি ঈন্নরকলি ॥৩৪॥ ভরতনন্দন। শগোল তোংবগা শগোল তোংবগা শাম্ তোংবগা শামু তোংবগা খোঙমীগা খোঙমীগা মপা মপা ফূজিন্নরকলি ॥৩৫॥ অহুগুম্বা অহিংগী লাল অহু চেম্বোক্ চেঙ্গিন্ তৌবা লাম্নীশিং অহুগী লাউন খোংনবকহুমক্কনা মহা অকিবগী মশক্ অম পুথে ॥৩৬॥ মহারাজ! শগোল শামু রথগী মথক মথক্কা থেৎলিবা মৈরা মৈবুলশিং অহু নোংমদোম্বক্কগী পাইথরকৃপা শঙাইশেল্ অমমমগী মতৌগুম্না উখি ॥৩৭॥ ভরত শাগৈগী অথোইব', মহারাজ! থাউমৈশিং অহুগী মঙালমক্কনা লাল অহু অমুক সুংখিলগী লাল ওইনা অহুম মউখি ॥৩৮॥ নোংমদোনথক্কী

অশ্বানাং কবচানাঞ্চ মণীনাঞ্চ মহাত্মনাম্ । অন্তর্দধুঃ প্রভাঃ সর্ব্বা দীপৈস্তৈরবভাসিতাঃ ॥৪০॥

তস্মিন্ কোলাহলে যুদ্ধে বর্ত্তমানে নিশামুখে । ন কেচিদ্বিদুরাত্মানময়মস্মীতি ভারত ॥৪১॥

অবধীৎ সমরে পুত্রং পিতা ভরতসত্তম ॥ পুত্রশ্চ পিতরং মোহাৎ সখায়ঞ্চ সখা তথা ।

স্বস্রীয়ং মাতুলশ্চাপি স্বস্রীয়শ্চাপি মাতুলম্ ॥৪২॥

স্বে স্বা পরে পরাংশ্চাপি নিজঘ্নুরিতরেতরম্ । নির্ম্মর্য্যাদমভূদ্যুদ্ধং রাত্রৌ ভীরুভয়ানকম্ ॥৪৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সহিংতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

ঘটোৎকচবধে সঙ্কুলযুদ্ধে ষট্চত্বারিশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:O:——

চান্নবা শুমিৎনা জগৎকী অমম্বা পুম্ব কোক্হন্বদুগুম্না থাউমৈ মঙালশিং অদুনা লালকম্দা অমম্বগী শরুকমখৈ লোইনা মাঙহনখি ॥৩৯॥ অকনবা লাম্মীশিংগী মশাদা শেৎলি চান্নবা লালফুরিৎ খুজী নাচী, তাল মেখলানাচিংবগী মশেক মঙাল পুম্বা থাউমৈশিংগী অদুগী মঙান্দা লোইনা লূপ্খ্রে ॥৪০॥ ভরতনন্দন অহিংগী অহানবা প্রহরদা মতৌ অম্মুম্না লাঞ্জাও অসি কম্না চৎথরক্লবদা কনাগুম্বা অমতনা "ঐহুবু অসিরা" হায়বা কাওবা মশা মশাগী মশক্ কাওবা খঙনখিব্রে নীঙশিংখিব্রে ॥৪১॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ! লাল অসিনা কম্না চথরক্লবদা লাম্মীশিং অদুনা শক খঙনদনা মপানা মচাবু, মচানা মপাবু, মরূপনা মরূপপু, মাতুলনা মচম্নুপীনা পোকপবু, মপাগা পোক্মিন্নবা মাতুলবু, মশেন্না মবাইবু, মবাইনা মশেলবু, পঙহাম্ত হাৎনরক্রে ॥৪২॥ পঙ্ক অনীমক্কী লাম্মীশিংনা মখোয় মশেল মীচঙ মশেলমক্তা পঙহাম্ত হাৎনরকলে। মরম অদুনা অহিং অদুগী লাল অদু কিগনবশিংগী থম্মোয়দা মিপাইবা পোক্কনিংঙাই ওইরবা মশক্ লৌদুনা নিয়ম নাইদনা মথোং মরম ঈখঙ খঙনদনা চথরকলি ॥৪৩॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণ পর্ব্বদা ঘটোৎকচবধগী মতুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী চামনিফুতরুকগুবা অধ্যায় লোইরে ॥+॥

———

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তচত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

### চামনিফুতরেৎশুবা অধ্যায় ॥

( অকনৃবা লাঙ্গাও মথং )

—:x:—

### সঞ্জয় উবাচ

তস্মিন্ সুতুমুলে যুদ্ধে বর্ত্তমানে ভয়াবহে । ধৃষ্টদ্যুম্নো মহারাজ ! দ্রোণমেবাভ্যবর্ত্তত ॥১॥
সংমৃজানো ধনুঃ শ্রেষ্ঠং জ্যাং বিকর্ষন্ পুনঃ পুনঃ । অভ্যদ্রবত দ্রোণস্য রথং রুক্মবিভূষিতম্ ॥২॥
ধৃষ্টদ্যুম্নমথায়ান্তং দ্রোণস্যান্তচিকীর্ষয়া । পরিবব্রুর্মহারাজ ! পাঞ্চালাঃ পাণ্ডবৈঃ সহ ॥৩॥
তথা পরিবৃতং দৃষ্ট্বা দ্রোণমাচার্য্যসত্তমম্ । পুত্রাস্তে সর্ব্বতো যত্তা ররক্ষুর্দ্রোণমাহবে ॥৪॥
বলার্ণবৌ ততস্তৌ তু সমেয়াতাং নিশামুখে । বাতোদ্ধূতৌ ক্ষুব্ধসত্ত্বৌ ভৈরবৌ সাগরাবিব ॥৫॥
ততো দ্রোণঃ মহারাজ ! পাঞ্চাল্যঃ পঞ্চভিঃ শরৈঃ । বিব্যাধ হৃদয়ে তূর্ণং সিংহনাদং ননাদ চ ॥৬॥
তং দ্রোণঃ পঞ্চবিংশত্যা বিদ্ধ্বা ভারত ! সংযুগে । চিচ্ছেদান্যেন ভল্লেন ধনুরস্য মহাস্বনম্ ॥৭॥
ধৃষ্টদ্যুম্নস্তু নির্বিদ্ধো দ্রোণেন ভরতর্ষভ ! । উৎসসর্জ ধনুস্তূর্ণং সন্দশ্য দশনচ্ছদম্ ॥৮॥
ততঃ ক্রুদ্ধো মহারাজ ! ধৃষ্টদ্যুম্নঃ প্রতাপবান্ । আদদেঽন্যদ্ধনুঃ শ্রেষ্ঠং দ্রোণস্যান্তচিকীর্ষয়া ॥৯॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ ! মতৌঅসুম্না লাঙ্গাও অচুনা কম-তম্থিনা চথরক্লবদা ধৃষ্টদ্যুম্ননা দ্রোণ তম্না চঙ্‌শিল্লকৃই ॥১॥ মতম্ অসিদা ধৃষ্টদ্যুম্ন অসি মাগী রথ মথক্ত খুভম্ চেৎনা কমদুনা লীরুং অচু নাল্ল-নাল্লদুনা, লীরী অচু শিৎল-শিৎলদুনা দ্রোণরোমদা কাইদ-কাইদ চঙশিল্লকৃলি ॥২॥ ধৃষ্টদ্যুম্ননা দ্রোণবু হাৎকদবগী চঙঙকপসি উবদা পাঞ্চাললাম্মী পূম্নমকম্ম পাণ্ডব লাম্মীশিংগা লোয়নননা চঙশিল্লক্ত্না দ্রোণবু পূমকোয় কোয়শিনথ্রে ॥৩॥ মহারাজ ! পাঞ্চাল লাম্মীশিংনা অদুগা পাণ্ডবশিংনা দ্রোণবু কোয়শিনখিবসি উবদা কৌরবলাম্মীশিংসু হোচ্চিম্নরক্ত্না য়াম্না চ্যেকশিন্না দ্রেণবু ঙাক-শেন্দুনা লৈখি ॥৪॥ অহিংগী অহানবা শরুক্ (প্রহর) গী মতম্ অসিদা ; লাম্মী মপৈ অনী অসি নুংশিৎনা ছুম্নবা, ঈথক্ হৌরবা সমুদ্র অনীগী মতৌগুম উখি ॥৫॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা ধৃষ্টদ্যুম্ননা খোরবা তেল মঙানা দ্রোণগী থবাক্মক্তদা থাম্নগা সিংহনাদ কম লাউরকৃই ॥৬॥ ভরতনন্দন ! দ্রোণনা তেল কুন্মঙানা ধৃষ্টদ্যুম্নদা থাম্নগা তা-মচীন্ শাবা তেল অমনা, মখোল হৌনা খোক্রবা, ধৃষ্টদ্যুম্নগী লীরুং অচুবু ককথৎখি ॥৭॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা ! দ্রোণনা কম থাজিল্লকপসিদা ধৃষ্টদ্যুম্ননা মম্না ক্রক্-ক্রক্ চীক্ত্না অতেকপা লীরুং অচু লাক্ত্না লংথোকখি ॥৮॥ মহারাজ !

স বিকৃষ্য ধনুশ্চিত্রমাকর্ণাৎ পরবীরহা। দ্রোণস্যান্তকরং ঘোরং ব্যসৃজৎ সায়কং ততঃ ॥১০॥
স বিসৃষ্টো বলবতা শরো ঘোরো মহাহবে। ভাসয়ামাস তৎ সৈন্যং দিবাকর ইবোদিতঃ ॥১১॥
তং তু দৃষ্ট্বা শরং ঘোরং দেবগন্ধর্ব্বমানবাঃ। স্বস্ত্যস্তু সমরে রাজন্। দ্রোণায়েত্যব্রুবন্ বচঃ ॥১২॥
তং তু সায়কমপ্রাপ্তমাচার্য্যস্য রথং প্রতি। কর্ণো দ্বাদশধা রাজন্! চিচ্ছেদ কৃতহস্তবৎ ॥১৩॥
স ছিন্নো বহুধা রাজন্! সূতপুত্রেণ ধন্বিনা। নিপপাত শরস্তূর্ণং নির্বিষো ভুজগো যথা ॥১৪॥
ছিত্ত্বা তু সমরে রাণং শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ। ধৃষ্টদ্যুম্নং রণে কর্ণো বিব্যাধ দশভিঃ শরৈঃ ॥১৫॥
পঞ্চভির্দ্রোণপুত্রশ্চ স্বয়ং দ্রোণস্তু সপ্তভিঃ। শল্যস্তু নবভির্বাণৈস্ত্রিভির্দুঃশাসনস্তথা ॥১৬॥
দুর্য্যোধনস্তু বিংশত্যা শকুনিশ্চাপি সপ্তভিঃ। পাঞ্চাল্যং ত্বরয়াবিধ্যন্ সর্ব্ব এব মহারথাঃ ॥১৭॥
( যুগ্মকম্ )

স বিদ্ধঃ সপ্তভির্বীরৈর্দ্রোণত্রাণার্থমাহবে। সর্ব্বানসম্ভ্রমাদ্রাজন্! প্রত্যবিধ্যাত্ত্রিভিস্ত্রিভিঃ।
দ্রোণং দ্রৌণিঞ্চ কর্ণঞ্চ বিব্যাধ চ তবাত্মজম্ ॥১৮॥
তে বিদ্ধা ধন্বিনা তেন ধৃষ্টদ্যুম্নং পুনর্মৃধে। বিব্যধুঃ সমরে তূর্ণমেকৈকে রথিনাং বরাঃ ॥১৯॥

---

মতীক্ মঙণ চাউরবা কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা দ্রোণবু হাৎলগে হায়না খন্দুনা অতোপ্প লীরুং অম থুনা য়াঙনা লৌখৎখি ॥৯॥ অদুগী তুংদা লীরী তঙহাপ্‌, হাপ্‌না লীরীবু নাকোং মরু কংনা চিংদুনা দ্রোণগী মথ্‌াই লৌবা য়াবা ; অকিবগী মশক কংলবা তেল অম শৎখি ॥১০॥

কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা কাপ্‌থোরকপা অকিবগী মশক্ ওইরবা তেল অদুনা নুমিৎকী তেজগুম্বা মহাক্কী তেজনা য়েরুবা লান্মীশিংদা খাঙউমদবা মৈশা পীখি ॥১১॥ নোংমদোম্বক্তু কুম্ন্দে য়েংলিবা যক্ষরক্ষ গন্ধর্ব্বকিন্নরশিংনা অকিবগী মশক্ ওইরবা খুৎলায় অদু উবদা মিপাইখিদুনা "দ্রোণগী মঙ্গল ওইসনু!" হায়না ময়াম্ পুন্নমক চপ্‌ মান্নবা লাউনখি ॥১২॥ তেল অদুনা দ্রোণ তম্না পাইশিল্লক্লবদা কর্ণনা নারোম্দগী, মিত্রং হৈবা অমনা তৌবগুম্, তেল অমবু কদোমদগীনো খণ্ডহৌদনা কাপ্‌শিল্লক্‌না পাইশিল্লকলিবা তেল অদুবু লম্মখাঙ্‌দা মতুপ তরানিথোই থোক্না কক্‌থৎতুনা থাদখি ॥১৩॥ তেল অদু মতুপ কয়ামুক্ থোক্লা, মহু কক্‌থ্রবা মতুপ্‌, মতুপ্‌ কক্‌থ্রবা লিল অমগী মতৌগুম্না লৈমায়থক্তা তাখি ॥১৪॥ কর্ণনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী তেল অদুবু কক্‌থৎলগা থোরবা তেল তরানা ধৃষ্টদ্যুম্নদা থাখি ॥১৫॥ অদুদগীদি অশ্বত্থামানা মঙা, দ্রোণ মশামক্না তরেৎ, শল্যনা মাপল, দুঃশাসননা অহুম্, দুর্য্যোধনবা কুন্ অদুগা শকুনিনা তেল তরেৎ শস্তুনা, মখোয় সিনা অমুমুক্তদা ধৃষ্টদ্যুম্নদা থাখি ॥১৬-১৭॥ মহারাজ! কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা, কর্ণনচিংবা মহারথী তরেৎ অসিনা কাপ্‌শিল্লকলবদা কন্নিমতা থোশাদনা, কিংগৎতনা, লীরী কন্না চিংদুনা তেল অহুম্ অহুম্ মখোয় তরেৎ অসিগী অমমম্‌দা কন্না কন্না থাখি। অদুদগী অমুকন্সু দ্রোণ, অশ্বত্থামা, কর্ণ, দুর্য্যোধনদা শাখিনা চৈনা পীদুনা নৈবা হৌরকলে ॥১৮॥ ধৃষ্টদ্যুম্ননা অন্নম্বা থারক্লবসিদা মহারথী তরেৎ অসিনা অমুকন্সু পুল্লপ্‌ ওইনা কাপশিল্লকতুনা ধৃষ্টদ্যুম্নদা কন্না

ক্রমসেনস্তু সংক্রুদ্ধো রাজন্ ! বিব্যাধ পত্রিণা । ত্রিভিশ্চান্যৈঃ শরৈস্তূর্ণং তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥২০॥
স তু তং প্রতিবিব্যাধ ত্রিভিস্তীক্ষ্ণৈরজিহ্মগৈঃ । স্বর্ণপুঙ্খৈঃ শিলাধৌতৈঃ প্রাণান্তকরণৈর্যুধি ॥২১॥
ভল্লেনান্যেন তু পুনঃ সুবর্ণোজ্জ্বলকুণ্ডলম্ । নিচকর্ত্ত শিরঃ কায়াদ্ক্রমসেনস্য বীর্য্যবান্ ॥২২॥
তচ্ছিরো ন্যপতদ্ভূমৌ সন্দষ্টৌষ্ঠপুটং রণে । মহাবাতসমুদ্ধূতং পক্বং তালফলং যথা ॥২৩॥
তাংশ্চ বিদ্ধা পুনর্বীরান্ বীরঃ সুনিশিতৈঃ শরৈঃ । রাধেয়স্যাচ্ছিনদ্ভল্লৈঃ কার্ম্মুকং চিত্রযোধিনঃ ॥২৪॥
ন তু তমম্মৃষে কর্ণো ধনুষশ্ছেদনং তথা । নিকর্ত্তনমিবাত্যুগ্রং লাঙ্গূলস্য মহাহরিঃ ॥২৫॥
সোঽন্যদ্ধনুঃ সমাদায় ক্রোধরক্তেক্ষণঃ শ্বসন্ । অভ্যদ্রবচ্ছরৌঘৈস্তং ধৃষ্টদ্যুম্নং মহাবলম্ ॥২৬॥
দৃষ্ট্বা কর্ণন্তু সংরব্ধং তে বীরাঃ ষড়্রথর্ষভাঃ । পাঞ্চালপুত্রং ত্বরিতাঃ পরিবব্রুর্জিঘাংসয়া ॥২৭॥
ষণ্ণাং যোধপ্রবীরাণাং তাবকানাং পুরস্কৃতম্ । মৃত্যোরাস্যমনুপ্রাপ্তং ধৃষ্টদ্যুম্নমমংস্মহি ॥২৮॥
এতস্মিন্নেব কালে তু দাশার্হো বিকিরন্ শরান্ । ধৃষ্টদ্যুম্নং পরিত্রাতুং সাত্যকিঃ প্রত্যপদ্যত ॥২৯॥

---

কম্না চৈনা পীরকলে ॥১৯॥ মহারাজ ! মরক অসিদা ক্রমসেন কৌবা অকনবা অমনস্থু থোরবা তেল অমনা ধৃষ্টদ্যুম্নদা কম্না থারগা—“নং ভসি খাভঙু !” হায়না হন্না হন্না লাউরকই ॥২০॥ মতম অসিদা থোইনা শাউরবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা সনানা তেম্না তেনমৈ পানবা, য়োথোনা মথো শংলবা, চুমজ্রিং চূমলবা তেল অমনা ক্রমসেনদা কম্না থাখি ॥২১॥ অদুদগী ধৃষ্টদ্যুম্ননা মনাদা সনাগী নাইগ্ন হাইজুম্রবা লংলবা মণিমুক্তানা থান্নবা লুহূপনা লৈতেংলবা ক্রমসেনগী মকোক্ অদুবু তামচীনশাবা তেল অমনা হকচাংদগী তোঙান্না লৈমায়থক্তা তাহনখি ॥২২॥ ময়া ক্রক ক্রক চীক্লবা, মচীনবান লেক্রবা, ভক অদু কল্লবা নুংশিৎনা য়ৈবদা কেল্লবা কোনা মহৈগুম্না লৈমায়থক্তা তূমিন্না তাহুনা লৈখি ॥২৩॥ অদুদগীদি মহারাজ ! শাউরবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা অকনবা য়েক্লবা মহারথী-শিং অদুবু মীপূম্ নৈরগা তামচীনশাবা তেল্ অমনা, লাম্লোং ওংস্রোক ওংস্রোকপা হৈরবা কর্ণগী লীরুং অদু থুডুমমথক্ত ককথৎখি ॥২৪॥ মতম অদুদা থোইরবা মাঙল লৈরবা, অচৌবা নোংশা অমনা মমৈ ককথ্রবদা থাভডুনা য়েংলনা লৈবা ভমদবগুম্না ধৃষ্টদ্যুম্ননা লীরুং ককখিধদা কর্ণ অসি থাভডুনা লৈবা ভম্মকত্রে ॥২৫॥ অদুদগী শাউবনা মমীত্ত ঈ কারবা কর্ণ অসি অতোপ্পা লীরুং অমা খুদক্ত থক পায়থৎতুনা থোরবা তেল্ অমা মনম্মনম্ কাপশিন কাপশিন্না ধৃষ্টদ্যুম্ন তম্না ফুজিল্লকই ॥২৬॥ কর্ণনা শাউডুনা হোৎচিনখিবসি উবদা লৈতৌরিব মহারথী তরুক অদুনা ধৃষ্টদ্যুম্নবু মহাৎলগে হায়না খন্দুনা মথোয় ময়াম্না চেনশিল্লক্তুনা পূমকোয় কোয়শিল্লরে ॥২৭॥ মহারাজ ! মতম অদুদা অকনবা তরুক অসিনা ধৃষ্টদ্যুম্ন তম্না হোঙ্চিনথ্রিবসি উবদা অউবশিংনা মথোয় তরুক্ মক্ যমরাজগী খয়াত্ত চোংশিনথ্রেদনা হায়না খল্লখি ॥২৮॥ তাঙ্খা অসিমক্তদা দাশার্হবংশগী অথোইবা সাত্যকি অসি ধৃষ্টদ্যুম্নবু ভাক্কে হায়বগীদমক্ তেল কাপশিন-

স্তমায়ান্তং মহেষ্বাসং সাত্যকিং যুদ্ধদুর্মদম্। রাধেয়ো দশভির্বাণৈঃ প্রত্যবিধ্যদজিহ্মগৈঃ ॥৩০॥
তং সাত্যকির্মহারাজ। বিব্যাধ দশভিঃ শরৈঃ। পশ্যতাং সর্ব্ববীরাণাং মা গাস্তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥৩১॥
স সাত্যকেস্তু বলিনঃ কর্ণস্য চ মহাত্মনঃ। আসীৎ সমাগমো রাজন্। বলিবাসবয়োরিব ॥৩২॥
ত্রাসংস্তলঘোষেণ ক্ষত্রিয়ান্ ক্ষত্রিয়র্ষভঃ। রাজীবলোচনং কর্ণং সাত্যকি প্রত্যবিধ্যত ॥৩৩॥
কম্পয়ন্নিব ঘোষেণ ধনুষো বসুধাং বলী। সূতপুত্রো মহারাজ। সাত্যকিং প্রত্যযোধয়ৎ ॥৩৪॥
বিপাঠকর্ণিনারাচৈর্বৎসদন্তৈঃ ক্ষুরৈরপি। কর্ণঃ শরশতৈশ্চাপি শৈনেয়ং প্রত্যবিধ্যত ॥৩৫॥
তথৈব যুযুধানোঽপি বৃষ্ণীনাং প্রবরো যুধি। অভ্যবর্ষচ্ছরৈ কর্ণং তদ্যুদ্ধমভবৎ সমম্ ॥৩৬॥
তাবকাশ্চ মহারাজ। কর্ণপুত্রশ্চ দংশিতঃ। সাত্যকিং বিব্যধুস্তূর্ণং সমন্তান্নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥৩৭॥
অস্ত্রৈরস্ত্রাণি সংবার্য্য তেষাং কর্ণস্য বা বিভো।। অবিধ্যৎ সাত্যকিঃ ক্রুদ্ধো বৃষসেনং স্তনান্তরে ॥৩৮॥
তেন বাণেন নির্বিদ্ধো বৃষসেনো বিশাংপতে।। ন্যপতৎ স্বরথে মূঢ়ো ধনুরুৎসৃজ্য বীর্য্যবান্ ॥৩৯॥

---

কাপশিন্না মকম অহুদা হেক্ থুংঐ ॥২৯॥ লান্দা লাকৃতম্ খাঙমদবা, লীরূঃ অচৌবা পারবা সাত্যকিনা হেক্ চঙ্ঙপদা কর্ণনা চুন্নবা তেল তরানা সাত্যকিদা থাখি ॥৩০॥

মহারাজ! অকনবশিং অহুগী মাঙমক্তদা সাত্যকিনা কর্ণদা থৌরব তেল শরূনা থাখি। "নং ভসি চেন্‌গনু! খাঙু!" অশুম্ হায়না হন্ন-হন্না লাউরকই ॥৩১॥ মহারাজ! সাত্যকিপা কর্ণগা অকনবা অনীসিনা থেংনরকপসি অহুঐগী কলিগা ইন্দ্রগা থেংনবহু মতায়থে ॥৩২॥ অহুগী তুংদা ক্ষত্রিয় অথোইবা সাত্যকিনঃ মাগী তেলগী কাপ্‌থোরকপা মখোন্না অহুগা খুখাঙগা লীরীগা তক্লহুনা ঠং ঠং লাউনা কাপ্‌লক্‌পগী শব্দ অহুগনা লাম্বী খিবিকী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পীহুনা, থম্বাল মীত্তা তারবা, কল্লবা কর্ণদা কন্ন কন্ন থাজিন্নকলে ॥৩৩॥ মহারাজ! কর্ণনসু মাগী লীরুংগী শব্দ অহুনা পৃথ্বী থক্‌থক নীকহন্দুনা সাত্যকিদা কন্ন কন্না থাজিনবা হৌরকলি ॥৩৪॥ অহুগী তুংদা কর্ণনা থেত্তুম্ মচীন শাবা, য়োংকী উতোংনা মখোকপানবা, থাঙ অপাকপা মঙঃ মানবা, শন্নাউগী ময়াঙ্ মক্রক্ মক্রক্ লাউবা, ক্ষুর মচীন্ শাবা খুৎলায় মখল্ মখন্না সাত্যকিদা থাবা হৌরক্লে ॥৩৫॥ বৃষ্ণিবংশগী অথোইবা সাত্যকিনা কর্ণগী মথক্ত অতৎ অথম্ লৈতনা তেন্তনা, নোং চুবগুম্ হৈথরক্লে। মখোয় অনীসি কনানা কনাদগী হেন্‌বগে হাংপগে হায়বন্ত ঈথঙ থঙনদনা লাম্বা চপ্ চানা মতম থরদি থেংনরম্মি ॥৩৬॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না অনীসিনা মীকুপ্ য়াকাবা থঙদনা শোক্লরিঐসিদা কর্ণগী মচা বৃষসেন অসি কদোমদগীনো চঙশিল্লক্লূনা তেন্তনা মায়গৈপুম্বা পূম্নম্ মন্না কাপ্‌শিল্লকতুনা সাত্যকিগী মপাপুম্বা তেন্ন পূমন্নোম্ য়োম্‌হনখ্রে ॥৩৭॥ মহারাজ! মতম অহুদা থোইদোক্লা শাউরবা সাত্যকিনা কর্ণগী তেল মন্নাম্ অহুবু শিংহুনা থম্লগা থৌরব খুৎলায় অমনা বৃষসেনদা কন্ন থাখি ॥৩৮॥ মহারাজ! কল্লবা বৃষসেন অসি সাত্যকিগী খুৎলায়না পানবদা রাম্ব্বিহুনা লীরুং থাদোক্লূনা রথ মথক্ত তুথখ্রে ॥৩৯॥

ততঃ কর্ণো হতং মত্বা বৃষসেনং মহারথম্। পুত্রশোকাভিসন্তপ্তঃ সাত্যকিং প্রত্যপীড়য়ৎ ॥৪০॥
পীড্যমানস্তু কর্ণেন যুযুধানো মহারথঃ। বিব্যাধ বহুভিঃ কর্ণং স্মারমাণঃ পুনঃ পুনঃ ॥৪১॥
স কর্ণং দশভির্বিদ্ধা বৃষসেনঞ্চ সপ্তভিঃ। সহস্তাবাপধনুষী তয়োশ্চিচ্ছেদ সাত্বতঃ ॥৪২॥
তাবন্যে ধনুষী সজ্যে কৃত্বা শত্রুভয়ঙ্করে। যুযুধানমবিধ্যেতাং সমন্তান্নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥৪৩॥
বর্ত্তমানে তু সংগ্রামে তস্মিন্ বীরবরক্ষয়ে। অতীব শুশ্রুবে রাজন্! গাণ্ডীবস্য মহাস্বনঃ ॥৪৪॥
শ্রুত্বা তু রথনির্ঘোষং গাণ্ডীবস্য চ নিস্বনম্। সূতপুত্রোঽব্রবীদ্রাজন্! দুর্য্যোধনমিদং বচঃ ॥৪৫॥
এষ সর্ব্বান্ শিবীন্ হত্বা মুখ্যাংশ্চ নরর্ষভান্। পৌরবাংশ্চ মহেষ্বাসো বিক্ষিপন্নুত্তমং ধনুঃ ॥৪৬॥
পার্থস্তত্রৈব নিয়তং গাণ্ডীবনিনদো মহান্। শ্রূয়তে রথঘোষশ্চ বাসবস্যেব নর্দ্দতঃ ॥৪৭॥
(যুগ্মকম্)
করোতি পাণ্ডবো ব্যক্তং কর্ম্মৌপয়িকমাত্মনঃ। এষা বিদীর্য্যতে রাজন্! বহুধা ভারতী চমূঃ ॥৪৮॥
বিপ্রকীর্ণান্যনীকানি নহি তিষ্ঠন্তি কর্হিচিৎ। বাতেনেব সমুদ্ধূতমভ্রজালং বিদীর্য্যতে।
সব্যসাচিনমাসাদ্য ভিন্না নৌরিব সাগরে ॥৪৯॥

---

অদুদগী তুংদা কর্ণ অসি কল্লবা মচা বৃষসেন অসি শিক্লমাল্লে থন্দুনা অশাঙবগা লোয়ননা সাত্যকিদা কন্না কন্না কাপশিল্লকলে ॥৪০॥

মহারাজ! কর্ণনা অসুম্না থাজিল্লক্লপা মতমদুদা সাত্যকিনসু অতৎ অথম্ লৈতনা কর্ণদা থাজিল্লকই ॥৪১॥ অদুগী তুংদা সাত্যকিনা থোরবা তেল তরানা কর্ণদা, তরেৎনা মচা বৃষসেনদা থারগা মতম্ অমতদা মখোয় আনিমক্কী খুথাঙগা লোয়ননা লীরুং অনী অদু কক্থৎখি ॥৪২॥ কর্ণ বৃষসেন মপা মচা অনী অসি লীরুং অমমম্ পায়খৎতুনা, লীরী থংনা য়াঙনা হাপ্লহনা, মখোয়অনী চঙহনা সাত্যকিদা অতৎ অথম্ লৈতনা থাজিল্লকলে ॥৪৩॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না কল্লবা লাঞ্জাও অদুনা চত্থরক্লবা মতমসিদা মকম অদুদা অর্জ্জুনগী গাণ্ডীব লীরুংগী লীরী থীংবগী খোঞ্জেল অম খঙহৌদনা তানখি ॥৪৪॥ মহারাজ! অর্জ্জুনগী রথগী, লীরুংগী শব্দ অম লাকপদু তাবদা দুর্য্যোধননা কর্ণদা অসুম্না হায়রকই ॥৪৫॥ কর্ণ! মহারথী কল্লবা অর্জ্জুন অসে গাণ্ডীব লীরুংগী আকবা ফংলবা খোঞ্জেল আসি তাহন্ তাহন্না কৌরব পক্ষগী অকনবা লাল্মী কয়া কয়াবু হাচ্চিল্লকতুনা আসোমদ্দ তকশীল্লকপগী থুদম্ অমকংভি। মাগী রথ লীরুংনাচংবগী নোংথোংবগী মতৌগুম্বা খোঞ্জেল অসি ময়েক্ লানা তারি ॥৪৬-৪৭॥ নিংথৌ! অর্জ্জুননা হৌজিক মাগী মতীক চাবা থবক্ অম তৌরি শোয়দ্রে। অদুগা মায়গৈ আসোমদা লৈবা ঐখোয়গী কৌরব লাল্মী পুম্বা মচোই মচোই কায়দুনা চেল্লবা উরে! ॥৪৮॥ অর্জ্জুননা য়োক্লক য়োক্লকপা মকমদা লাল্মী মপৈ অসি কায় কায়দুনা চেল্লবা উরে। কনা অমত্তসু লালকমসিদা চনীংতানা লেপ্প, হায়বা য়াদ্রে। ঐখোয়গী লাল্মী মপৈ অসি, নুংশিৎনা হুমদোকপা নোং মতুম অদুগা ঈপাক্পুংদা লুপথরক্লবা হিগী মতৌগুমদ্রে ॥৪৯॥

দ্রবতাং যোধমুখ্যানাং গাণ্ডীবপ্রেষিতৈঃ শরৈঃ। বিদ্ধানাং শতশো রাজন্। শ্রূয়তে নিস্বনো মহান্ ॥৫০॥
শৃণু দুন্দুভিনির্ঘোষমর্জ্জুনস্য রথং প্রতি। নিশীথে রাজশার্দ্দূল! স্তনয়িত্নোরিবাম্বরে ॥৫১॥
হাহাকাররবাংশ্চৈব সিংহনাদাংশ্চ পুষ্কলান্। শৃণু শব্দান্ বহুবিধানর্জ্জুনস্য রথং প্রতি ॥৫২॥
অয়ং মধ্যে স্থিতোঽস্মাকং সাত্যকিঃ সাত্বতাং বরঃ। ইহ চেল্লভ্যতে লক্ষ্যং কৃৎস্নান্ ভেৎস্যামহে পরান্ ॥৫৩॥
এষ পাঞ্চালরাজস্য পুত্রো দ্রোণেন সঙ্গতঃ। সর্ব্বতঃ সংবৃতো রাজন্। শূরৈস্তব সহোদরৈঃ ॥৫৪॥
সাত্যকিং যদি হন্যাম ধৃষ্টদ্যুম্নঞ্চ পার্ষতম্। অসংশয়ং মহারাজ! ধ্রুবো নো বিজয়ো ভবেৎ ॥৫৫॥
সৌভদ্রবদিমৌ বীরৌ পরিবার্য্য মহারথৌ। প্রযতামো মহারাজ! নিহন্তুং বৃষ্ণিপার্ষতৌ ॥৫৬॥
সব্যসাচী পুরাভ্যেতি দ্রোণানীকায় ভারত!। সংসক্তং সাত্যকিং জ্ঞাত্বা বহুভিঃ কুরুপুঙ্গবৈঃ ॥৫৭॥
তত্র গচ্ছন্তু বহবঃ প্রবরা রথসত্তমাঃ। যাবৎ পার্থো ন জানাতি সাত্যকিং বহুভির্বৃতম্ ॥৫৮॥
তে ত্বরধ্বং তথা শূরাঃ! শরাণাং মোক্ষণে ভৃশম্। যথা তূর্ণং ব্রজত্যেষ পরলোকায় মাধবঃ ॥৫৯॥
কর্ণস্য মতমাজ্ঞায় পুত্রস্তে প্রাহ সৌবলম্। যথেন্দ্রঃ সমরে রাজন্! প্রাহ বিষ্ণুং যশস্বিনম্ ॥৬০॥

নিংথৌ! কুরুপক্ষগী লান্মী চাম চাম লিশিং লিশিংনা গাণ্ডীবলাইরুদগী কাপ্থোরকপা তেল মপৈ মপৈনা শাথিনা পানবহুদা মায়কৈ মরি পূমনিন্ নিল্লা লাউথোংনরক্লি ॥৫০॥ নিংথৌ অথোইবা! অহিং অথেঙবদা ভংঙকপা নোংগী খোঙ্গেল্গুম্বা অর্জ্জুনগী রথগী মনাক অসিদগী লাকৃলিবা দুন্দুভিগী মখোলসি অমুক্ত তাও ॥৫১॥ হাহাকার লাউনবগী মখোনগা, অর্জ্জুনগী সিংহনাদ অমদি রথগী মখোলগা য়াম্নখিত্তনা অঙকপা অকিবা কংলবা খোঙ্গেল মওং অমা পোক্লিবসে অমুক্তা হন্ন তাও ॥৫২॥ ঐখোয়না হৌজিক্ তাম্নরিবা, বৃষ্ণবংশগী অথোইবা অকনবা সাত্যকি হায়বা অসিবু ঐখোয়না জয় তৌবা ঙমলবদি য়েক্লবা পুম্নবু জয় তৌবা ঙম্লগনি ॥৫৩॥ নিংথৌ! ধৃষ্টদ্যুম্ন হায়বসি হৌজিক দ্রোণগা য়াম্না কন্না থেংনরি। নিংথৌ নহাক্কী কল্লবা ননাও শংনম্ন মহাকপু পুমকোয় কোয়শিন্দুনা থমলি ॥৫৪॥ অদুগা নিংথৌ! ঐখোয়না করিগুম্বা সাত্যকিবু অদুগা পৃষতনন্দন ধৃষ্টদ্যুম্নবু হাৎপা ঙমলবাদি, ঐখোয়না লাল্ ঙম্বা হায়ংদুদি লৈবাক্তা থুদুম্না শুবগুম্বনি ॥৫৫॥ অদুনা নিংথৌ! ঐখোয় ময়াম্ চঙদুনা অভিমন্যুবু হাৎখিবগুম্না অকনবা সাত্যকি অদুগা ধৃষ্টদ্যুম্নবু কোয়শিন্দুনা হাৎননবা তৌসি ॥৫৬॥ হৌজিক সাত্যকিনা কৌরবলান্মী অয়াম্বগা মথন্তগা থেংনরি হায়বসি খঙদুনা অর্জ্জুন অসি দ্রোণ লোমদা ফুজিল্লকপা য়ারি ॥৫৭॥ মরম অদুনা সাত্যকি অসি কৌরবলান্মী ময়াম্না কোয়শিনপ্রে হায়বসি অর্জ্জুন মশামক্ত খঙদ্রিঙৈদা মরক্ অসিদা অকনবা নহাক মকম্ অসিদা অমুক্ত চঙশিল্লু ॥৫৮॥ "অদুনা অকনবশাঃ! নখোয়স্তু থুনা য়াঙনা হোৎনদুনা সাত্যকিবু থুনা য়াঙনা অর্জ্জুন লাকৃদ্রিঙৈদা লোইখোক্লবসিতৌ" ॥৫৯॥ নিংথৌ! অসিগী তুংদা দুর্য্যোধন অসি কর্ণগী

বৃতঃ সহস্রৈর্দশভির্গজানামনিবর্ত্তিনাম্। রথৈশ্চ দশসাহস্রৈস্তূর্ণং যাহি ধনঞ্জয়ম্ ॥৬১॥
দুঃশাসনো দুর্বিষহঃ সুবাহুর্দুষ্প্রধর্ষণঃ। এতে ত্বামনুযাস্যন্তি পত্তিভির্বহুভির্বৃতাঃ ॥৬২॥
জহি কৃষ্ণৌ মহাবাহো! ধর্ম্মরাজঞ্চ মাতুল।। নকুলং সহদেবঞ্চ ভীমসেনং তথৈব চ ॥৬৩॥
দেবনামিব দেবেন্দ্রে জয়াশা মে ত্বয়ি স্থিতা। জহি মাতুল! কৌন্তেয়ানসুরানিব পাবকিঃ ॥৬৪॥
এবমুক্তো যযৌ পার্থান্ পুত্ত্রেণ তব সৌবলঃ। মহত্যা সেনয়া সার্দ্ধং সহ পুত্ত্রৈশ্চ তে বিভো।।
প্রিয়ার্থং তব পুত্ত্রাণাং দিধক্ষুঃ পাণ্ডুনন্দনান্ ॥৬৫॥
ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং তাবকানাং পরৈঃ সহ। প্রয়াতে সৌবলে রাজন্! পাণ্ডবানামনীকিনীম্ ॥৬৬॥
বলেন মহতা যুক্তঃ সূতপুত্ত্রস্তু সাত্বতম্। অভ্যয়াত্ত্বরিতো যুদ্ধে কিরন্ শরশতান্ বহূন্।
তথৈব পার্থিবাঃ সর্ব্বে সাত্যকিং পর্য্যবারয়ন্ ॥৬৭॥
মহদ্যুদ্ধং তদাসীত্তু দ্রোণস্য নিশি ভারত।। ধৃষ্টদ্যুম্নেন বীরেণ পাঞ্চালৈশ্চ মহাদ্ভুতম্ ॥৬৮॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে সঙ্কুলযুদ্ধে সপ্তচত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

মত খণ্ডদুনা, মমাঙৈদা ইন্দ্রনা বিষ্ণুদা চঙঙদুনা রাতানবগুম্না শকুনিগী নাক্তা চঙদুনা অস্তুম্না হায়খি ॥৬০॥ মামা! লান্দা নীঙ্তম্নরোইদোবা শামু লিশিং তরাগা রথ তোংবা লাম্মী রথী লিশিং তরাগনা পূমকোয় কোয়াশন্দুনা মামনা অর্জ্জুনগী মায়কৈদা চঙশিনবিয়ু ॥৬১॥ দুঃশাসন, দুর্বিষহ, সুবাহু, দুষ্প্রধর্ষণ—মখোয় আসনা মাগী মাগী খোঙমী লাম্মীশিংগা লোয়ননা মামগী তুং ইন্গান ॥৬২॥ অকনবা, মামা! আসগুম্বা অবস্থাদা লাল চংবিখিদুনা মামনা কৃষ্ণ, অর্জ্জুন, যুধিষ্ঠির, নকুল সহদেব অমগা ভীম—মখোয় অসিবু লোইখোকপিয়ু ॥৬৩॥ "মাম ঈবুঙো লাইয়াম্না ইন্দ্রগী মথক্ত আশা পূম্বা থম্বাগুম্না নঙ্মাক্ দুর্য্যোধনসু মামদা আশা পূম্বা থম্জার। অদুনা লাইয়ামগী সেনাপতি কার্ত্তিকনা হিংচাবা পূম্নমকপু হাংখিবদুগুম্না মামনসু পাণ্ডবশিংবু লোইখোকপিরো" ॥৬৪॥ মহারাজ! নজাইবুঙো দুর্য্যোধননা অস্তুম্ হায়রবদা শকুনিনা নচা-ঈবুঙোশিংগী মপূক্ৰীং থুংননবা, পাণ্ডবশিংবু হাংলুরগে হায়দুনা লাম্মী মপৈ অমগা অদুগা দুঃশাসননচিংবগা লোয়ননা পাণ্ডবশিংনা লৈরবা মায়গৈরোমদা চঙশিল্লকলে ॥৬৫॥ মহারাজ! শকুনিনা মতৌ অস্তুম্ন চঙশিল্লকপাসদা কৌরবলাম্মীশিংগা পাণ্ডবলাম্মীশিংগা কন্না খেংনরকলে ॥৬৬॥ অমরোমদা কর্ণনা পাকচাউরবা লাম্মী মপৈ অমগা চঙশিল্লকদুনা তেল মপৈ মপৈ কাপ্-শিন কাপাশিন্না সাত্যকিরোমদা চঙশিল্লকই। অদুদগী নিংথৌ লাম্মী পূম্নমক্না সাত্যকিবু পূমকোয় কোয়শিনখ্রে ॥৬৭॥ ভরতনন্দন! মহারাজ! অমরোমদা অহিংগী লাঞ্জাও অদুদা ধৃষ্টদ্যুম্ননা পাঞ্চাললাম্মীশিংগা তিন্নখিদুনা দ্রোণগা অকিবা অঙকপা ফংনা শোক্লখি ॥৬৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা "ঘটোৎকচবধ" গী মথুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী চামনিফুতরেংগুবা অধ্যায় লোইরে।

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টচত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

চামনিফুনিপানুশুবা অধ্যায়

( দ্রোণপর্বদা লাপ্পাও মথং মথং )

——(:0:)——

সঞ্জয় উবাচ।

ততস্তে প্রাদ্রবন্ সর্ব্বে ত্বরিতা যুদ্ধদুর্ম্মদাঃ। অমৃষ্যমাণাঃ সংরব্ধা যুযুধানরথং প্রতি ॥১॥
তে রথৈঃ কল্পিতৈ রাজন্! হেমরূপ্যবিভূষিতৈঃ। সাদিভিশ্চ গজৈশ্চৈব পরিবব্রুঃ স্ম সাত্বতম্ ॥২॥
অথৈনং কোষ্ঠকীকৃত্য সর্ব্বতস্তে মহারথাঃ। সিংহনাদাংস্ততশ্চক্রুস্তর্জয়ন্ত স্ম সাত্যকিম্ ॥৩॥
তেঽভ্যবর্ষন্ শরৈস্তীক্ষ্ণৈঃ সাত্যকিং সত্যবিক্রমম্। ত্বরমাণা মহাবীরা মাধবস্য বধৈষিণঃ ॥৪॥
তান্ দৃষ্ট্বাপততস্তূর্ণং শৈনেয়ঃ পরবীরহা। প্রত্যগৃহ্ণান্মহাবাহুঃ প্রমুঞ্চন্ বিশিখান্ বহূন্ ॥৫॥
তত্র বীরো মহেষ্বাসঃ সাত্যকির্যুদ্ধদুর্ম্মদঃ। নিচকর্ত্ত শিরাংস্যুগ্রৈঃ শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ॥৬॥

---

**সঞ্জয়না হায় ঃ**—মহারাজ! অদুদগীদি লান্দ লাক্চম ফাঙমদ্রবা কৌরবলান্মীশিংনা সাত্যকিনা লৈবদুদা পুংঙাইতবা শাউনিংবনা লৈবা ঙম্মকদুনা থুনা য়াঙনা সাত্যকি তন্না ফূজিল্লকই ॥১॥

মহারাজ! সনানা তগুপ তরেংনা থান্নবা রথশিং অদুগী মথক্তা কৌরব রথী অকনবশিংদুনা শগোলতোংবা—শামুতোংবা লান্মীশিংগা লোয়ননা চঙশিল্লকহুনা সাত্যকিবু পূকোয় কোয়শিনখ্রে। ॥২॥ অদুগী তুংদা মহারথীশিং অদুনা সাত্যকিবু মখোয় মম্নাম্গী মরায়দা লৈহনখিদুনা মখোয় মম্নাম্না অকোয়বদগী সাত্যকিদা অতং অথম্ লৈতনা কাপশিল্লকলে ॥৩॥ মতম্ অদুদা অকনবশিং অদুনা সাত্যকিবু হাৎলগে হায়না খন্দুনা, য়াম্ন থুৎলৈ থুনা মতীক্মগুণ চাউরবা মরিনমথোনা লৈরবা সাত্যকিগী মথক্ত তেন্তনা নোংচুবগুম্ হৈথরক্লে ॥৪॥ মখোয়না কন্না তক্‌শিন্‌-ফূজিল্লক্‌পদু উবদা মপান্থোম্ চাউর—কল্লবা, য়েক্লবহাংঙব সাত্যকিনা মথন্তনা মখোয় মম্নাম্গা লান্না ওইনদুনা থেংনখি ॥৫॥ মতম্ অদুদা য়েক্লবা ঙম্গনবা, অকনবা সাত্যকিনা অকিবগী মশক ওইরবা খুৎলায় মথল্ মথম্, মাগী অকোয়বদা লেপলিবা লান্মীশিং অদুগী মকোকশিং অদু কক্ কক্‌দুনা

হস্তিহস্তান্ হয়গ্রীবা বাহূনপি চ ভারত।। ক্ষুরপ্রৈঃ শাতয়ামাস তাবকানাং স মাধবঃ ॥৭॥
পতিতৈশ্চামরৈশ্চৈব শ্বেতচ্ছত্রৈশ্চ ভারত।। বভূব ধরণী পূর্ণা নক্ষত্রৈর্দ্যৌরিব প্রভো।। ॥৮॥
তেষান্তু যুযুধানেন যুধ্যতাং যুধি ভারত।। বভূব তুমুলঃ শব্দঃ প্রেতানাং ক্রন্দতামিব ॥৯॥
তেন শব্দেন মহতা পূরিতাভূদ্বসুন্ধরা। রাত্রিঃ সমভবচ্চৈব তীব্ররূপা ভয়াবহা ॥১০॥
দীর্য্যমাণং বলং দৃষ্ট্বা যুযুধানশরাহতম্। শ্রুত্বা চ বিপুলং নাদং নিশীথে লোমহর্ষণে ॥১১॥
সুতস্তবাব্রবীদ্রাজন্। সারথিং রথিনাং বরঃ। যত্রৈষ শব্দস্তত্রাশ্বাংশ্চোদয়েতি পুনঃ পুনঃ ॥১২॥
(যুগ্মকম্)

তেন সঞ্চোদ্যমানস্তু ততস্তাংস্তুরগোত্তমান্। সূতঃ সঞ্চোদয়ামাস যুযুধানরথং প্রতি ॥১৩॥
ততো দুর্য্যোধনঃ ক্রুদ্ধো দৃঢ়ধন্বা জিতক্লমঃ। শীঘ্রহস্তশ্চিত্রযোধী যুযুধানমুপাদ্রবৎ ॥১৪॥
ততঃ পূর্ণায়তোৎসৃষ্টৈঃ শরৈঃ শোণিতভোজনৈঃ। দুর্য্যোধনো দ্বাদশভির্মাধবং প্রবিভেদ হ ॥১৫॥
দুর্য্যোধনেন চ তথা পূর্ব্বমেবার্দ্দিতঃ শরৈঃ। শৈনেয়ো দশভির্বাণৈঃ প্রত্যবিধ্যদমর্ষিতঃ ॥১৬॥
ততঃ সমভবদ্যুদ্ধং তুমুলং ভরতর্ষভ।। পাঞ্চালানাঞ্চ সর্ব্বেষাং ভারতানাঞ্চ দারুণম্ ॥১৭॥

---

থাদরকই ॥৬॥ ভরতনন্দন! ক্ষুরমচীনশাবা থৌর থৌরবা তেন্না, সাত্যকিনা কৌরবপক্ষগী শামুশিংঙুগী মনাতোল, শগোলশিংগী মঙক, লাম্মীশিংগী পাম্বোমাশিং অদু মশীংলাকৃওমদনা কক্‌কক্ত্‌না লৈমায়থক্তে থাদরকলে ॥৭॥ ভরতনন্দন মহারাজ! নোংমদোন্ মকোয়বু থরানমিচাকশিংনা থঙচৌদনা পুমথল থলহনবদুগুম্না লালকম্ অদু সাত্যকিনা চামরছত্রনচিংবগী মতেকমতামক্তনা মীকৃপ্তা পুমথলথনহনখি ॥৮॥ মহারাজ! অমগমগ কৌথোকনরবা ভূতপ্রেতশিংগী মতৌগুম্না কৌরবলাম্মীশিংনা সাত্যকিগা লোয়ননা লাউখোংতুনা কৌথোক্লতুনা থেংনরকলে ॥৯॥ খোঙ্গ্রেলশিং অদুনা লালকম্ অদু পুম্‌নিন্ নিনখ্রে। অদুদগীদি অহিং অদুসু অস্থম্‌স্থম্ থেওজিল্লক্ত্‌না অকিবগী মশক্ অম পুখ্রে ॥১০॥ মহারাজ! অকিবগী মশক ওইরবা অহিং অদুদা কৌরবলাম্মী অমাম্ব সাত্যকিগী তেন্না পান্দুনা মচোই মচোই কায়নবদু উবদা, মখোয়গী অকিবকংবা খোল্লাউ অদু তাবদা রথী অথোইবা দুর্য্যোধন অসি "সারথি! য়াম্ন লাউনরকলিবা মফম্ অসি তান্ন ঐগী রথ অসি হৌজিমক্ থৌজিল্লু" হায়না সারথিদা হন্নহন্ন হায়খি ॥১১-১২॥ দুর্য্যোধননা মতৌ অসুম্না য়াথং পীরকলবদা সারথিনা রথ অদু সাত্যকি তম্না প্রপ্রপ্ থৌজিল্লকই ॥১৩॥ মতুং অদুদা লীরুংবু থুদুম্ চেৎনা পায়রবা, অরাবখঙত্রবা, মথুংৎ্‌রবা লাম্লোং মথল মথল্ তৈরবা দুর্য্যোধননা য়াম্ন শাউনা, সাত্যকিরোম্‌দা কৃজিল্লকলি ॥১৪॥ অদুগী তুংদা, দুর্য্যোধননা লীরীবু মনাকোং কংনা চিংদুনা, ঈচুপ্পঙন্ব, থৌরবা তেল্তরানিথোইবু অমুক্তদা কাপ্‌লকতুনা সাত্যকিদা শাথিনা থাই ॥১৫॥ দুর্য্যোধননা অসুম্না কাপলকপদুদা সাত্যকিনা য়াম্না শাউখিদুনা থৌরবা তেল তরানা দুর্য্যোধনদা থাখি ॥১৬॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ! অদুদগীদি পাঞ্চাল লাম্মীশিংগা কৌরব লাম্মীশিংগা অকিব

শৈনেয়স্তু রণে ক্রুদ্ধস্তব পুত্রং মহারথম্। সায়কানামশীত্যা তু বিব্যাধোরসি ভারত।।১৮।
ততোঽস্য বাহান্ সমরে শরৈর্নিন্যে যমক্ষয়ম্। সারথিঞ্চ রথাত্তূর্ণং পাতয়ামাস পত্রিণা।।১৯।
হতাশ্বে তু রথে তিষ্ঠন্ পুত্রস্তব বিশাংপতে।। মুমোচ নিশিতান্ বাণান্ শৈনেয়স্য রথং প্রতি।।২০।
শরান্ পঞ্চাশতং তাংস্তু শৈনেয়ঃ কৃতহস্তবৎ। চিচ্ছেদ সমরে রাজন্! প্রেষিতাংস্তনয়েন তে।।২১।
অথাপরেণ ভল্লেন মুষ্টিদেশে মহদ্ধনুঃ। চিচ্ছেদ তরসা যুদ্ধে পুত্রস্য তব মারিষ!।।২২।
বিরথো বিধনুষ্কশ্চ সর্ব্বলোকেশ্বরঃ প্রভুঃ। আরুরোহ রথং তূর্ণং ভাস্বরং কৃতবর্ম্মণঃ।।২৩।
দুর্য্যোধনে পরাবৃত্তে শৈনেয়স্তব বাহিনীম্। দ্রাবয়ামাস বিশিখৈর্নিশামধ্যে বিশাংপতে।।২৪।
শকুনিশ্চার্জ্জুনং রাজন্! পরিবার্য্য সমন্ততঃ। রথৈরনেকসাহস্রৈর্গজৈশ্চৈব সহস্রশঃ।
তথা হয়সহস্রৈশ্চ নানাশস্ত্রৈরবাকিরৎ।।২৫।
তে মহাস্ত্রাণি সর্ব্বাণি বিকিরন্তোঽর্জ্জুনং প্রতি। অর্জ্জুনং যোধয়ান্তি স্ম ক্ষত্রিয়াঃ কালচোদিতাঃ।।২৬।
তান্যর্জ্জুনঃ সহস্রাণি রথবারণবাজিনাম্। পর্য্যবারয়দায়স্তঃ প্রকুর্বন্ বিপুলং ক্ষয়ম্।।২৭।

---

ফংনা কন্না শোক্লগ্রে ॥১৭॥ ভরতনন্দন মহারাজ! সাত্যকিনা অমুক্ শাউথিদ্দনা মথৌ শঙলবা তেল মাফুবু অমুত্তুদা কাপ্থোরক্পা ওইনা কাপ্শিল্লকতুনা দুর্য্যোধনগী মথবাক্ত কন্না থাখি ॥১৮॥ অদুদগী অমুক্, তেল মরিনা দুর্য্যোধনগী শগোল মরিবু মথ্বাক্ট লৌখি। তেল অমনা দুর্য্যোধনগী সারথিবুসু রথ মথক্তগী সৈমায়থক্ত মথ্বাক্ট য়াওদনা তুহনখি ॥১৯॥ মহারাজ! শগোলগা সারথিগা শিগ্রবদ শগোল য়াওদ্রব রথ অদুদা অদুম্ ফম্লদুনা দুর্য্যোধন অসি তেল মপেমপে কাপশিল্লকতুনা সাত্যকিগা কন্না অদুম্ থেংনরি ॥২০॥ মহারাজ! মচাঙ্গীবুঙো দুর্য্যোধননা তেল য়াঙ্খৈ কাপলক্পদা সাত্যকিনা মথুং থুরবা লোয়রবা মিত্রং হৈব অমনা তৌবগুম্ থুদক্তা তেল য়াঙখৈ অদুবু অমুক্তুদা ককথৎখি ॥২১॥ ঈকায়খুম্ননবগী মশক থক্টরবা নিংথৌ! অদুগী তুদা তা-মচীনশাবা তেল অম কাপশিল্লকতুনা সাত্যকিনা দুর্য্যোধনগী লীরুংবু থুনম্ মথক্মক্তদা থবৎ ককথৎখি ॥২২॥ মতম্ অসিদা মতৌকমগুণ চাউরবা, থুকল পাঙ্গল্লবা নিংথৌরল দুর্য্যোধন অসি রথগা লীরুংগা য়াওদ্রদুনা কৃতবর্ম্মাগী লংলবা ফজরবা রথ অদুদ চোংথৎখি ॥২৩॥ মহারাজ! অদুদগী দুর্য্যোধননা মমায় লৈথোক্রবদা, সাত্যকিনা কৌরবলাম্মীশিংবু নৈখাইব তৌরক্লে ॥২৪॥ মহারাজ! অসোমদা, অমরোমদা, শকুনিনা রথীলিশিং লিশিংন, শগোল শামূতোংবা লাম্মীলিশিংনা পূম্কোয় কোশিনদুনা মথলমথা অয়াম্বা খুৎলায়বু থাজিললংশিল্লকতুনা অর্জ্জুনগা কন্না থেংনরি ॥২৫॥ মতমনা য়ারক্তদুনা মাগী মাগী মপূনশি লোইশিল্লকতুনা ক্ষত্রিয়শিং অসিনা অর্জ্জুনগী মথক্ত তেল মনম্ মনম্ কাপশিল্লকলি ॥২৬॥

মতম্ অসিদা অর্জ্জুননা কৌরব লাম্মীশিংবু হাচিল্লক্পসিদা থোইনা চোকথঞ্চবস্থ শাম্ তোংবা শগোল তোংবা লাম্মীশিংবু রথী লিশিং লিশিংবু, ভাক্থোকপা নৈহৎপদি থক্ তোকত্রি ॥২৭॥

ততস্তু সমরে শূরঃ শকুনিঃ সৌবলস্তদা। বিব্যাধ নিশিতৈর্বাণৈরর্জ্জুনং প্রহসন্নিব।
পুনশ্চৈব শতেনাশু সংরুরোধ মহারথম্ ॥২৮॥

তমর্জ্জুনস্তু বিংশত্যা বিব্যাধ যুধি ভারত।। অথেতরান্ মহেষ্বাসাংস্ত্রিভিস্ত্রিভিরবিধ্যত ॥২৯॥

নিবার্য্য তান্ বাণগণান্ যুধি রাজন্! ধনঞ্জয়ঃ। অবধীৎ তাবকান্ যোধান্ বজ্রবেগৈঃ শরোত্তমৈঃ ॥৩০॥

ভুজৈশ্ছিন্নৈর্মহীপাল! হস্তিহস্তোপমৈর্ম্মৃধে। সমাকীর্ণা মহী ভাতি পঞ্চাস্যৈরিব পন্নগৈঃ ॥৩১॥

শিরোভিঃ সকিরীটৈশ্চ সুনসৈশ্চারুকুণ্ডলৈঃ। সন্দষ্টৌষ্ঠপুটৈঃ ক্রোধাৎ তথৈবোদ্বৃত্তলোচনৈঃ ॥৩২॥

নিষ্কচূড়ামণিধরৈঃ ক্ষত্রিয়াণাং প্রিয়ংবদৈঃ। পঙ্কজৈরিব বিস্রস্তৈঃ পতিতৈর্বিবভৌ মহী ॥৩৩॥
(যুগ্মকম্)

কৃত্বা তৎ কর্ম্ম বীভৎসুরুগ্রমুগ্রপরাক্রমঃ। বিব্যাধ শকুনিং ভূয়ঃ পঞ্চভির্নতপর্ব্বভিঃ।
অতাড়য়দুলূকঞ্চ ত্রিভিরেব তথা পরৈঃ ॥৩৪॥

উলূকস্তু তথা বিদ্ধো বাসুদেবমতাড়য়ৎ। ননাদ চ মহানাদং পূরয়ন্নিব মেদিনীম্ ॥৩৫॥

অর্জ্জুনঃ শকুনেশ্চাপং সায়কৈরচ্ছিনদ্রণে। নিন্যে চ চতুরো বাহান্ যমস্য সদনং প্রতি ॥৩৬॥

---

মতম্ অদিদা সুবলগী মচা শকুনি অসি নোক্ক নোক্না তেল মপৈমপৈ কাপশিল্লকতুনা অর্জ্জুনদা কম্ন কম্না থারকলি। অদুদগী তেল চামনা অর্জ্জুনগী রথ অদুবু থিংদুনা থমখি ॥২৮॥ মতম্ অদুদা, মহারাজ! অর্জ্জুননা শাউখিদুনা থোরবা তেল কুন্না শকুনিদা থাখি। অদুদগী তেল অহুম-অহুমনা শকুনিগী খোঙলোয় লাম্মী অকনবশিং অদুদা মীপুম খীৎনা থাখি ॥২৯॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না অর্জ্জুননা তেল অমমম্না বজ্র অমমমগা মান্নরব মক্তনা অদুক য়াম্না কৌরব পূন্নমক অদুবু নৈবা হৌরকলে। মহারাজগী কৌরব পুম্বা তুম্না হাৎপা হৌরকলে ॥৩০॥ মহারাজ! অদুদগী অমমম্না শামু মনাতোলগুম্বা, মতোক্ মঙা লোংবা লীলগুম্বা তেম্না ককথবা পাম্বোম্ শিং অদুনা লালকম্ অদু কুপথ্রে ॥৩১॥ অদুদগী লুখুপ কোয়েৎনা লৈতেংলবা কজরবা কীজোম্ন তিল্লবা, মনা মনাকোঙদা সনাগী কুণ্ডল নাইম্না লৈতেংলবা, শাউবনা ময়া ক্রক্ ক্রক্ চীক্লবা, মমীত্তি ভেৃাং ভেৃাং পাঙলিবা, মথবাক্ত কজ কজবা থবাক্য়েৎনা লৈতেংলিবা, কোকথক চূড়ামণিন নীঙথীজবা; ক্ষত্রিয় লাম্মী নিংথৌশিং মকোকশিং অদুনা, অমমম্না খুৎ চঙনা থারবা কজরবা থম্বাল অমমমগী মতৌগুম্ লালকম ঈম্নায় থকতূদা শাৎলি-তাউরি ॥৩২-৩৩॥ অকিব কংনা পাঙলবা অর্জ্জুননা অকিবগী মশক ওইরবা থবক্ অসি তৌদুনা অমুকরক্ হন্না থোরবা তেল মঙানা শকুনিদা থাখি। অদুগা তেল অহুম্না শকুনিগী মচা উলূকদা থাখি ॥৩৪॥ অদুবু অর্জ্জুনগী তেম্না চৈনা ফাদুনসু উলূক হায়রবসিমা সারথি কৃষ্ণদা কম্ন-কম্না থারকলি। অদু-দগীদি লাউনরকপা সিংহনাদগী খোঞ্জেম্না লালকম অদু পুমনিন্ লিনখি ॥৩৫॥ মতম্ অদুদা

ততো রথাদবপ্লুত্য সৌবলো ভরতর্ষভ ! । উলূকস্য রথং তূর্ণমারুরোহ বিশাংপতে ! ॥৩৭॥
তাবেকরথমারূঢৌ পিতাপুত্রৌ মহারথৌ । পার্থঃ সিষিচতুর্বাণৈর্গিরিং মেঘাবিবাম্বুভিঃ ॥৩৮॥
তৌ তু বিদ্ধা মহারাজ ! পাণ্ডবো নিশিতৈঃ শরৈঃ । বিদ্রাবয়ংস্তব চমূং শতশো ব্যধমচ্ছরৈঃ ॥৩৯॥
অনিলেন যথাভ্রাণি বিচ্ছিন্নানি সমন্ততঃ । বিচ্ছিন্নানি তথা রাজন্ ! বলান্যাসন্ বিশাংপতে ! ॥৪০॥
তদ্বলং ভরতশ্রেষ্ঠ ! বধ্যমানং তথা নিশি । প্রদুদ্রাব দিশঃ সর্ব্বা বীক্ষমাণং ভয়ার্দ্দিতম্ ॥৪১॥
উৎসৃজ্য বাহান্ সমরে চোদয়ন্তস্তথা পরে । সংভ্রান্তাঃ পর্য্যধাবন্ত তস্মিংস্তমসি দারুণে ॥৪২॥
বিজিত্য সমরে যোধাংস্তাবকান্ ভরতর্ষভ ! । দধ্মতুর্ম্মুদিতৌ শঙ্খৌ বাসুদেবধনঞ্জয়ৌ ॥৪৩॥
ধৃষ্টদ্যুম্নো মহারাজ ! দ্রোণং বিদ্ধা ত্রিভিঃ শরৈঃ । চিচ্ছেদ ধনুষস্তূর্ণং জ্যাং শরেণ শিতেন হ ॥৪৪॥
তন্নিধায় ধনুর্ভূমৌ দ্রোণঃ ক্ষত্রিয়মর্দ্দনঃ । আদদেঽন্যদ্ধনুঃ শূরো বেগবৎসারবত্তরম্ ॥৪৫॥
ধৃষ্টদ্যুম্নং ততো দ্রোণো বিদ্ধা সপ্তভিরাশুগৈঃ । সারথিং পঞ্চভির্বাণৈ রাজন্ ! বিব্যাধ সংযুগে ॥৪৬॥
তং নিবার্য্য শরৈস্তূর্ণং ধৃষ্টদ্যুম্নো মহারথঃ । ব্যধমৎ কৌরবীং সেনামাসুরীং মঘবানিব ॥৪৭॥

---

অর্জ্জুননা তেল অমনা শকুনিগী লীরুং অহু ককথৎখি। মাগী শগোল মরিমুক্ত মথ্‌াই লোখি ॥৩৬॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ! শকুনিনা মতম অদুদা মাগী রথদগী চোংথোকখিদুনা মচা উলূককী রথদা কাথৎখি ॥৩৭॥

অদুদগী রথ অমতদা তোংমিন্নবা শকুনি উলূক মপা মচা অনীসি নোং মতুম অনীনা চীঙমায়দা চুথরকপগুম্ অর্জ্জুনগী মথক্ত তেন্তনা নোংচুবগুম্ হৈথরকলে ॥৩৮॥ মহারাজ! অর্জ্জুননা শকুনি উলূক অনীমক্তা থোর খোরবা তেন্না থ্‌রু থ্‌রু থাজিল্লগা অদুগী তুংদা কৌরব লাশ্মী ময়াম্বু তুম্‌হনবা হৌরকলে ॥৩৯॥ মহারাজ! নুশিংনা হুম্বদা নোং মপৈ মপৈনা হাইদোক পাইথোকখিবগুম অর্জ্জুনগী থুৎলায় শিংদুনা পান্‌বদা কৌরব লাশ্মী মপৈ মপৈহু পুখচাই চাইনা কায়নরক্রে ॥৪০॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ! অহিংদা মতৌ অসুম্না অর্জ্জুননা কৌরব লাশ্মী অয়াম্বা হাচ্ছিল্লক্রবদুদা লাশ্মীশিং অহু খাঙবা ওমদদুনা মায়পৈ মরি শংনা কায়দুনা চেম্নরে ॥৪১॥ অকিবনা পাখৎলবা, মকম মরাং খণ্ডরবা কনা কনাগুম্বা লাশ্মীশিংদি মাগী মাগী শগোল শাম্মু রথনচিংবা বাহন (শাদোং) শিং অহু ছুঞ্জেরমদুনা অমম্বা অদুদা অমগা অমগা খেংথ্‌নদুনা চেন্নরি ॥৪২॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ! কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা মতৌ অসুম্না অহিংগী লাল অদুবু জয় তৌদুনা নুংঙাইবগা লোয়ননা মোইবুং পায়থৎতুনা খোংখি ॥৪৩॥ মহারাজ! আসোমদা ধৃষ্টদ্যুম্ননা থোরবা তেল অহুম্না দ্রোণদা থারগা তেল অমনা দ্রোণগী লীরী অহু ককথৎখি ॥৪৪॥ মতম অদুদা কল্লবা য়েক্রব নৈহৎপা ওন্নবা দ্রোণনা লীরুং অদুবু সৈমায় থক্ত লংথোক্লগা য়াম্না কল্লবা উঈরবা লীরুং অম লৌখৎখি ॥৪৫॥ মহারাজ! মতম অদুদা দ্রোণনা তেল তরেৎনা ধৃষ্টদ্যুম্নদা থারগা তেল মঙানা মাগী সারথিদা কয় থাখি ॥৪৬॥ মহারথী ধৃষ্টদ্যুম্ননা তেন্তনা দ্রোণবু খিংদুনা হেক্তিনহন্দনা থন্নগা ইন্দ্রনা অসুর-দানবশিংবু হাচ্ছিন্নক্‌পগুম্না কৌরব লাশ্মীশিংবু হাচ্ছিক্‌লে ॥৪৭॥

মধ্যমানে বলে তস্মিংস্তব পুত্রস্য মারিষ ।। প্রাবর্ত্তত নদী ঘোরা শোণিতৌঘতরঙ্গিণী ।৪৮।
উভয়োঃ সেনয়োর্মধ্যে রথাশ্বদ্বিপবাহিনী । যথা বৈতরণী রাজন্ ! যমরাজপুরং প্রতি ।৪৯।
(যুগ্মকম্)

দ্রাবয়িত্বা তু তৎ সৈন্যং ধৃষ্টদ্যুম্নঃ প্রতাপবান্ । অত্যরাজত তেজস্বী শক্রো দেবগণেষ্বিব ।৫০।
অথ দধ্মুর্মহাশঙ্খান্ ধৃষ্টদ্যুম্নশিখণ্ডিনৌ । যমৌ চ যুযুধানশ্চ পাণ্ডবশ্চ বৃকোদরঃ ।৫১।
জিত্বা রথসহস্রাণি তাবকানাং মহারথাঃ । সিংহনাদরবাংশ্চক্রুঃ পাণ্ডবা জিতকাশিনঃ ।৫২।
পশ্যতস্তব পুত্রস্য কর্ণস্য চ রণোৎকটাঃ । তথা দ্রোণস্য শূরস্য দ্রৌণেশ্চৈব বিশাংপতে ! ।৫৩।
(যুগ্মকম্)

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিকাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে সঙ্কুলযুদ্ধে অষ্টচত্বারিংশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।০।

——(:0:)——

---

ঈকায় খুম্নবগী মশক ওইরবা মহারাজ ! ধৃষ্টদ্যুম্না মতৌ অসুম্না মহারাজগী কৌরব লাম্মীশিংবু হাচ্ছিল্লক্লবদা যমরাজগী লৈবাক তাম্না চেনবী বৈতরণী তুরেলগুম্বী, অকিবগী মশক ওইরবী ঈ তগী তুরেল অম কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীগী মরক্তা চেনখি। তুরেল অদুদা ঈগী ঈচেলনা ইপোম্ ইরৈগা লোয়ননা চেম্থরি। ঈচেল অদুদা শগোল শামু রথ কয়া কয়া অখিংবা অপনবা লৈতনা তাউথরি ॥৪৮-৪৯॥ মতীক্ মঙ্গল চাউরবা, মরিল লৈরবা ধৃষ্টদ্যুম্না কৌরব লাম্মী মপৈবু মতৌ অসুম্না তকৃথায় নৈখাইদুনা দেবসভা ময়ায়দা ইন্দ্রনা ওাম্মোইবগুম্ পাণ্ডব লাম্মী মরক্তা মশেক্ মঙানগা লোয়ননা খোইনা নীঙথিজখি ॥৫০॥ অদুগী তুংদা ধৃষ্টদ্যুম্ন, শিখণ্ডী, নকুল, সহদেব, সাত্যকি, ভীমসেন মখোয় অসিনা মাগী চাউর চাউরবা মখোল্ হৌরবা মোইবুংশিং অদু পায়খত্তুনা খোংখি ॥৫১॥ মহারাজ ! অসিগী তুংদা মহারথীমক্ত ওইরবা লালুঙম্বনা খোইনা মায়খোং মকারাম্লবা, লান্দা ময়ায় কারবা পাণ্ডবশিংনা কৌরব লাম্মী মপৈ মপৈবু, লিশিং লিশিংবু জয় তৌরব তুংদা মখোয় ময়াম্ হৌদুনা দুর্য্যোধন, কর্ণ, কল্লবা দ্রোণ অমদি অশ্বত্থামা মখোয়সিগী মমাংদা সিংহনাদ কয় কয়া লাউনখি ॥৫২-৫৩॥

মথম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকালশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণ পর্ব্বদা ঘটোৎকচবধগী মনুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী চামনিফুনিপাল্গুবা অধ্যায় লোইরে । *

——:0:——

# শ্রীমহাভারতম্

## ঊনপঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চামালিফুমাপলুগুবা অধ্যায়

( অকন্‌বা লান্নাও )

সঞ্জয় উবাচ;

বিক্রন্তং স্ববলং দৃষ্ট্বা বধ্যমানং মহাত্মভিঃ। ক্রোধেন মহতাবিষ্টঃ পুত্রস্তব বিশাংপতে! ॥১॥
অভ্যেত্য সহসা কর্ণং দ্রোণঞ্চ জয়তাং বরম্। অমর্ষবশমাপন্নো বাক্যজ্ঞো বাক্যমব্রবীৎ ॥২॥
( যুগ্মকম )

ভবদ্ভ্যামিহ সংগ্রামঃ ক্রুদ্ধাভ্যাং সংপ্রবর্ত্তিতঃ। আহবে নিহতং দৃষ্ট্বা সৈন্ধবং সব্যসাচিনা ॥৩॥
নিহন্যমানাং পাণ্ডূনাং বলেন মম বাহিনীম্। ভূত্বা তদ্বিজয়ে শক্তাবশক্তাবিব পশ্যতঃ ॥৪॥
যদ্যহং ভবতোস্ত্যাজ্যো ন বাচ্যোঽস্মি তদৈব হি। আবাং পাণ্ডুসুতান্ সংখ্যে জেষ্যাব ইতি মানদৌ! ॥৫॥
তদৈবাহং বচঃ শ্রুত্বা ভবদ্ভ্যামনুসম্মতম্। নাকরিষ্যমিদং পার্থৈর্বৈরং যোধবিনাশনম্ ॥৬॥
যদি নাহং পরিত্যাজ্যো ভবদ্ভ্যাং পুরুষর্ষভৌ। যুধ্যতামনুরূপেণ বিক্রমেণ সুবিক্রমৌ! ॥৭॥
বাক্প্রতোদেন তৌ বীরৌ প্রণুন্নৌ তনয়েন তে। প্রাবর্ত্তয়েতাং সংগ্রামং ঘট্টিতাবিব পন্নগৌ ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ! পাণ্ডবশিংনা হাক্চিল্ নৈশিন্নকপদা কৌরব লান্মীশিংনা কায়হনা চেন্নবসি উবদা মহারাজগী নচাঈবুঙো, মীনা চাওখৎপদু য়েংহনা লৈবা ওম্‌দবা, রাজাং রাজাদি য়ান্না হৈবা দুর্যোধননা য়াম্ন শাউখিহনা থুনা য়াঙনা অকন্‌বা কর্ণ অমদি দ্রোণগী নাক্ত চঙশিন্‌খিহনা অস্য়ু হায়খি :—॥১-২॥ অকন্‌বা অনী! অর্জুননা জয়দ্রথবু হাৎখিবদুগী মুংঙাইখিদবগী অকন্‌বা নখোয়মক্না অহিংগী লাল্ অসিমক্ হোদোক্‌খিবনি ॥৩॥ অদুবু অকন্‌বা নখোয়না ওম্ন ওম্না ওম্‌দবগুম্না পাণ্ডবগুম্না হৌজিক্ ফাওবা চপ্ লেপ্তু্না য়েংহনা লৈখিরি ॥৪॥ য়েংহনা লৈরিঙৈসিদা পাণ্ডবকী লান্মীশিংনা ঐখোয়গী লান্মীশিংবুদি তুম্ন হাক্চন্নকলি ॥৪॥ হায়জবা মীগী সন্মান মতীক্ চানা তৌবিবা অকন্‌বা অনী! ঐবু থাদোক্লগে হায়না অনীমক্না চপ্ চানা চপ্ মান্নবা খনগ্রে। নত্রবদবু "ঐখোয় অনীনা হৌজিকমক্ পাণ্ডব লান্মীশিংবু তুম্ন হাৎকনি" হায়না ওসাইনা রাশক্তুনা হায়বিরগদবা নত্রা? ॥৫॥ মাসি হায়বিরোই হায়না হায়না হায় খঙজন্নবদি অহিংগী লাল অসে ঐ য়াজরম্মোইদৌবনি ॥৬॥ "কয়ে হৌজিক্তি হৌগ্রবা—থোক্‌প্রবহুদি থোক্‌প্রে। রায়বা চিন্নবা তাঙ্গাসিদা, ঐবু তিন্নবিরক্‌পগী তিন্নবিরক্‌পা, থাদোক্‌কম্ থোক্তে হায়না খনবিরবা, অদু ওইরবদি থীনবিরগু, অরৈবা বিত্থা ফুদোক্‌পিহনা লাঙ্গুংবিরে।" ॥৭॥ মহারাজ! নজাঈবুংঙো

ততস্তৌ রথিনাং শ্রেষ্ঠৌ সর্ব্বলোকধনুর্দ্ধরৌ:। শৈনেয়প্রমুখান্ পার্থানভিদুদ্রুবতু রণে ॥৯॥
তথৈব সহিতাঃ পার্থাঃ স্বেন সৈন্যেন সংবৃতাঃ। অভ্যবর্ত্তন্ত তৌ বীরৌ নর্দমানৌ মুহুর্মুহুঃ ॥১০॥
অথ দ্রোণো মহেষ্বাসো দশভিঃ শিনিপুঙ্গবম্। অবিধ্যত্বরিতং ক্রুদ্ধঃ সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ ॥১১॥
কর্ণশ্চ দশভির্বাণৈঃ পুত্রশ্চ তব সপ্তভিঃ। দশভির্বৃষসেনশ্চ সৌবলশ্চাপি সপ্তভিঃ।
এতে কৌরব। সংক্রন্দে শৈনেয়ং পর্য্যবাকিরন্ ॥১২॥
দৃষ্ট্বা চ সমরে দ্রোণং নিঘ্নন্তং পাণ্ডবীং চমূম্। বিব্যধুঃ সোমকাস্তূর্ণং সমন্তাচ্ছরবৃষ্টিভিঃ ॥১৩॥
ততো দ্রোণোঽহরৎ প্রাণান্ ক্ষত্রিয়াণাং বিশাংপতে।। রশ্মিভির্ভাস্করো রাজংস্তমাংসীব সমন্ততঃ ॥১৪॥
দ্রোণেন বধ্যমানানাং পাঞ্চালানাং বিশাংপতে।। শুশ্রুবে তুমুলঃ শব্দঃ ক্রোশতামিতরেতরম্ ॥১৫॥
পুত্রানন্যে পিতৄনন্যে ভ্রাতৄনন্যে চ মাতুলান্। ভাগিনেয়ান্ বয়স্যাংশ্চ তথা সম্বন্ধিবান্ধবান্।
উৎসৃজ্যোৎসৃজ্য গচ্ছন্তি ত্বরিত জীবিতেপ্সবঃ ॥১৬॥
অপরে মোহিতা মোহাত্তমেবাভিমুখা যযুঃ। পাণ্ডবানাং রণে যোধাঃ পরলোকং তথা পরে ॥১৭॥

---

দুর্য্যোধননা রাহৈ রাভাংগী মশক্ ওইরবা শাজৈ অসিনা থারকৃপদা দ্রোণ কর্ণ অনীসি মমৈদা খোঙপাক্লা নেৎলবা লিলগী মতৌগুম্না অশাউবনা মীত্ত ঈ কাহুনা পাণ্ডব লাম্মী মপৈরোমদা ফুজিন্থি ॥৮॥ অদুগী তুংদা মহারথী অথোইবা কর্ণ দ্রোণ অনীসি সাত্যাকিনচিংবা পাণ্ডবশিং পক্কগী অকন্বশিং তম্না চণ্ডশিন্থি ॥৯॥ অদুদগীদি পাণ্ডবশিংসু লাম্মী মপৈনা পূম্কোয় কোয়শিন্দুনা সিংহনাদ লাউর লাউরদুনা কর্ণদ্রোণ অনীমক্লা ফুজিল্লকলে ॥১০॥ অদুদগী খোট্‌দোক্লা শাউরবা কম্ভোরবা, দ্রোণনা থোরবা তেল হুন্ফ্‌তরানা সাত্যাকিদা কম্না থাখি ॥১১॥ কৌরবনন্দন। কর্ণনা তেল তরা দুর্য্যোধননা তরেৎ, বৃষসেননা তরা, অদুগা শকুনিনসু তেল তরা সাত্যাকিদা থাখি ॥১২॥ দ্রোণনা পাণ্ডব লাম্মীশিংবু নৈথাইরকপাসি উবদা সোমকশিংনা পুল্লপ্না হৌদুনা তেল্না নোংচুবগুম্ মায়গৈ পূম্বদগী দ্রোণদা কাপ্‌শিল থাজিল্লকলে ॥১৩॥ মহারাজ। খুমিংনা মাগী মশেল্লা অমম্ব পূম্ববু মাঙহন্‌বদুগুম্না দ্রোণনা মাগী তেল মপৈ মপৈনা পাণ্ডব লাম্মীশিংবু তুম্না হাৎননবা হৌরকলে ॥১৪॥ মহারাজ। দ্রোণনা হাচ্চিল্লকপসিদা কৌরব লাম্মী পাঞ্চাল লাম্মী পূম্ব অমগমগ কোন লাউনরকলে। মখোয়গী লাউন খোংনরকপগী মখোল অদুনা লালকম্ অদু পূমনিন্‌নিম্ন তানখি ॥১৫॥ মতুংদা, মপানা মচাবু, মচানা মপাবু, মচীম্মনাওশিংনা মখোয় অমনা অমবু, মক্কাকনা মামবু, মামশিংনা মাগী মাগী মক্কাকপু মরূপনা মরূপপু. শাগৈ নাতৈ ঙাইশেন্না অহনা অমবু, নীঙ্ঙাইবা লৈতনা হুন্দোকলম্লহনা পণ্ডচেত্ত চেন্নরকলে ॥১৬॥ পাণ্ডব পক্কগী অয়াম্বা লাম্মীনা পাখৎখিদুনা অঙাও অকৈগুম্ দ্রোণ লোম্‌দহুম্ চেন্‌শিন্নব য়াওরি। মখোয় অদু দ্রোণগী মথুক্তা খুদক্তা মথ্‌াই থারি ॥১৭॥

সা তথা পাণ্ডবী সেনা পীড্যমানা মহাত্মনা। নিশি সংপ্রাদ্রবদ্রাজন্ৎস্যজ্যোল্কাঃ সহস্রশঃ ॥১৮॥
পশ্যতো ভীমসেনস্য বিজয়স্যাচ্যুতস্য চ। যময়োর্ধর্ম্মপুত্রস্য পার্ষতস্য চ পশ্যতঃ ॥১৯॥
( যুগ্মকম্ )

তমসা সংবৃতে লোকে ন প্রাজ্ঞায়ত কিঞ্চন। কৌরবাণাং প্রকাশেন দৃশ্যন্তে বিদ্রুতাঃ পরে ॥২০॥
দ্রবমাণন্তু তৎ সৈন্যং দ্রোণকর্ণৌ মহারথৌ। জঘ্নতুঃ পৃষ্ঠতো রাজন্! কিরন্তৌ সায়কান্ বহূন্ ॥২১॥
পাঞ্চালেষু চ ভগ্নেষু ক্ষীয়মাণেষু সর্ব্বতঃ। জনার্দ্দনো দীনমনাঃ প্রত্যভাষত ফাল্গুনম্ ॥২২॥
দ্রোণকর্ণৌ মহেষ্বাসাবেতৌ পার্ষতসাত্যকী। পাঞ্চালাংশ্চৈব সহিতৌ জঘ্নতুঃ সায়কৈভৃশম্ ॥২৩॥
এতয়োঃ শরবর্ষেণ প্রভগ্না নো মনোরথাঃ। বার্য্যমাণাপি কৌন্তেয়! পৃতনা নাবতিষ্ঠতে ॥২৪॥
তাবাবাং সর্ব্বসৈন্যৈশ্চ ব্যূঢ়ৈঃ সমাগুদায়ুধৈঃ। দ্রোণঞ্চ সূতপুত্রঞ্চ প্রয়ত্তাবঃ প্রবাধিতুম্ ॥২৫॥
এতৌ হি বলিনৌ শূরৌ কৃতাস্ত্রৌ জিতকাশিনৌ। উপেক্ষিতৌ তব বলং নাশয়েতাং নিশামিমাম্ ॥২৬॥
তয়োঃ সংবদতোরেবং ভীমকর্ম্মা মহাবলঃ। আয়াদ্বৃকোদরঃ শীঘ্রং পুনরাবর্ত্ত্য বাহিনীম্ ॥২৭॥
বৃকোদরমথায়ান্তং দৃষ্ট্বা তত্র জনার্দ্দনঃ। পুনরেবাব্রবীদ্রাজন্! হর্ষয়ন্নিব পাণ্ডবম্ ॥২৮॥

---

মহারাজ! কল্লবা দ্রোণনা পাণ্ডব লান্মী মপৈবু নৈব হৌরক্লব মতম্‌সিদা পাণ্ডব লান্মীশিংনা মাগী মাগী মখুত্তা পায়রিবা মৈরা মৈবুলশিং অত্থ থাদোকতুনা যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জ্জুন, নকুল, সহদেব কৃষ্ণ অমদি ধৃষ্টদ্যুম্নগী মাঙমক্তদা চেন্নরকলে ॥১৮-১৯॥ অমম্বনা পূমকূপ কূপশিল্লক্লবদা পাণ্ডব লান্মীশিং অত্থ অমগমগ অমত মশক্ উনখিদ্রে। অতগা কৌরব পক্ষগী লান্মীশিংনদি মাগী মাগী থাদোক্লাদ্রবনা পাণ্ডব পক্ষগী লান্মীশিংনা চেন্নবত্থ ময়েক্ লানা লানা উখ ॥২০॥ মহারাজ! পাণ্ডব লান্মীশিংনা কায়ত্থনা চেন্নরকলবসিদা মহারথী দ্রোণ কর্ণ অনীনা মখোয়গী মতুংদা তান্ন তান্নত্থনা হাৎপ হৌরকলে ॥২১॥ পাঞ্চাল লান্মীশিংনা মথং মথং অস্থম্‌স্থম্ মশীং রাখরক্লবদা কৃষ্ণনা য়াম্ন মায়থোং লাংশিন্না অর্জ্জুনদা অস্থম্না হায়রকই—॥২২॥ অর্জ্জুন! য়েঙঙু কল্লবা মহারথী কর্ণ দ্রোণ অনীনা ধৃষ্টদ্যুম্ন সাত্যকিমক্তা লোয়নরবা পাঞ্চাল লান্মীশিংবু ওস্থোক্লা থীনা নৌর ॥২৩॥ কুন্তীনন্দন! মখোয়নীগী তেন্না নোংচুবগুম্ অতৎ অখম্ লৈতনা হৈথরকপসিদা ঐখোয়গী আশা পূম্ব কায়রে। লান্মীশিংসে থান্নবা থৎলব ফাওবদা অমত লেপ্প, হায়বা য়াত্রে ॥২৪॥ অদুনা অর্জ্জুন! ঐখোয়না য়াম্ন চেকৃশিন্না লান্মীশিং অসিবু লোইশিন্ খোম্‌জিন্দুনা অমুক হন্না লান্মী তেঙ্গোলগী মওং চপচানা শাগত্তুনা কর্ণ দ্রোণ অনীগা থেংনবা তাই ॥২৫॥ "ঐখোয়না নীঙঙায়দনা লৈথোক্লবদি কল্লবা, খুৎলায় পূম্বা নিয়মবিধি কায়দনা হৈন্নবা কর্ণ দ্রোণ অনীসনা অহিং অসি লেন্দ্রিঙৈদা ঐখোয়গী পাণ্ডব লান্মী পূম্বা তুম্ন হাৎখিবা তারে" ॥২৬॥ কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা অস্থম্না ঙাঙনরিঙৈ মতম আসদা কল্লবা, তৌঙম্‌দবা থবক্ত তৌরবা ভীমসেন অসি পাণ্ডব লান্মী মপৈবু অমুক্ মমায় লৈশিলহল্ল লৈশিলহল্লক্লরগা মকম্ অদোমদা থুনা য়াঙনা লাকই ॥২৭॥ মহারাজ! ভীমসেন লাকৃপত্থ উবদা য়াম্না হরাউবগা

এব ভীমো রণশ্লাঘী বৃতঃ সোমকপাণ্ডবৈঃ। রুষিতোঽভ্যেতি বেগেন দ্রোণকর্ণৌ মহারথৌ ॥২৯॥
এতেন সহিতো যুধ্য পাঞ্চালৈশ্চ মহারথৈঃ। আশ্বাসনার্থং সৈন্যানাং সর্ব্বেষাং পাণ্ডুনন্দন! ॥৩০॥
ততস্তৌ পুরুষব্যাঘ্রাবুভৌ মাধবপাণ্ডবৌ। দ্রোণকর্ণৌ সমাসাদ্যাধিষ্ঠিতৌ রণমূর্দ্ধনি ॥৩১॥
ততস্তৎ পুনরাবৃত্তং যুধিষ্ঠিরবলং মহৎ। ততো দ্রোণশ্চ কর্ণশ্চ পরান্ মমৃদতুর্য্ৃধি ॥৩২॥
স সম্প্রহারস্তুমুলো নিশি প্রত্যভবন্মহান্। যথা সাগরয়ো রাজন্! চন্দ্রোদয়বিবৃদ্ধয়োঃ ॥৩৩॥
তত উৎসৃজ্য পাণিভ্যাং প্রদীপাংস্তব বাহিনী। যুযুধে পাণ্ডবৈঃ সার্দ্ধমুন্মত্তবদসংভ্রমম্ ॥৩৪॥
রজসা তমসা চৈব সংবৃতে ভৃশদারুণে। কেবলং নামগোত্রেণ প্রাযুধ্যন্ত জয়ৈষিণঃ ॥৩৫॥
অশ্রূয়ন্ত হি নামানি শ্রাব্যমাণানি পার্থিবৈঃ। প্রহরদ্ভির্মহারাজ! স্বয়ম্বর ইবাহবে ॥৩৬॥
নিঃশব্দমাসীৎ সহসা পুনঃ শব্দো মহানভূৎ। ক্রুদ্ধানাং যুধ্যমানানাং জীয়তাং জয়তামপি ॥৩৭॥
যত্র যত্র স্ম দৃশ্যন্তে প্রদীপাঃ কুরুসত্তম!। তত্র তত্র স্ম তে শূরা নিপতন্তি পতঙ্গবৎ ॥৩৮॥

---

লোয়ননা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অস্তুম্না হায়রকই—॥২৮॥ "য়েংঙু! অর্জ্জুন! নয়াম্বুং য়ায়মা অকনবা ভীমসেন অসে সোমক পাঞ্চাল লাম্মীশিংনা ঈকোয় কোয়শিন্না কর্ণ দ্রোণ অনী অসিগী মায়পৈদা চত্তশিল্লকলি ॥২৯॥ অদুনা পাণ্ডুনন্দন! অর্জ্জুন! নয়াম্ব অকনবা অসিগী অদুগা পাঞ্চালগী মহারথীশিং অসিগা লোয়নরবা পাঞ্চাল সোমক লাম্মীশিং অসিগী মপুক্রীং থৌগৎননবগীদমক্ থুনা য়াঙনা লাল তৌনবা তৌ ॥৩০॥

মহারাজ! অদুগী তুংদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীসি দ্রোণ কর্ণ অনীগী মাঙমক্তদা থুংঙ্ছনা পাণ্ডব লাম্মী মপৈগী মাঙদা চপ্ হেক্ লেপ্লুই ॥৩১॥ অদুদগীদি যুধিষ্ঠিরস্থু মচোই মচোই কায়নরুরবা লাম্মীশিংবু অমুক খোমজিল্লকতুনা কর্ণ দ্রোণ অনীনা পাণ্ডব লাম্মীশিংবু নৈথায়ছনা লৈরিবা মক্তম অদুদা থুংঙরে ॥৩২॥ মহারাজ! মপুং ফারবা থানা নোংমদোম্বক হাইগৎলক্লবদা খাত্রাংননা লৈবা সমুদ্র ঈপাক্ অনীনা ঈথক্ক ঈথক্কা হাইগাই য়েখায়নবত্থগুম্না অহিং অদুদা পক্ষ অনীমক্কী লাম্মীশিংগী অকিবগী মশক ওইরবা লাঞ্জাও অদু অমুক হৌথ্রে ॥৩৩॥ অদুদগীদি মহারাজ! মহারাজগী কৌরব লাম্মীশিং অদুস্থু মাগী মাগী মথুত্ত পায়রম্লিবা মৈরা মৈবুলশিং অদু থাদোক্লদুনা অমমম্না অঙাওবগী মতৌগুম্না পাণ্ডব লাম্মীশিংগা থেংনবা হৌরকলে ॥৩৪॥ লালকম অদু উফুলগা মৈথুগা অমম্বগা পূল্লপ্না কূপখিদুনা তমখিরবা মক্তম অম ওইথ্রে। মদুদা লাম্মীশিং অদুনা মাগী মাগী মমিং মথা, মাগী মাগী পক্ষগী মিং হায়দোক লাউথোক্লদুনা লাম্থেংনবা হৌরকলে ॥৩৫॥ মহারাজ! কন্যাগী স্বয়ম্বরদা লাকলিবা বরশিং অদুনা মাগী মাগী শাগৈ জাৎ, গোত্র মমিং মথা, তৌবা ঙম্বা বিদ্যানচিংবা হায়দোকলকপদু গুম্না লাম্মীশিং অদুনা লাম্থেং লাম্থেংননা হায়দোক্লরকপদু তারগা ফুজিন্নরি হন্দোক্লরি ॥৩৬॥ শাউবনা মৈহৌরবা লাম্মীশিংনা অস্তুম্না থেংনরকপা মতমসিদা মায়থীবশিংদুস্থু জয় ওইবা শিংদুস্থু ঙহাক ঙহাক তুমিন লৈনক্লরগা অমুকস্থু মীকূপ অমগী মনুংদা পূমনিন্ নিঙ্গরকই ॥৩৭॥ কৌরববংশগী অথোইবা

ক্বণং স্ম যুধ্যমানানাং বিগাঢ়াসীন্মহানিশা। পাণ্ডবানাঞ্চ রাজেন্দ্র। কৌরবাণাঞ্চ সর্ব্বশঃ ॥৩৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে সঙ্কুলযুদ্ধে উনপঞ্চাশদধিক-
শততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

———(:০:)———

মহারাজ! থাঙ্গৈ মঙাল লৈবলৈবা মকম অদুদা লান্মীশিংনা হোৎচিন্ হেৎচিন্নহুনা মৈন্নানবীশিংনা মৈনুংদা পাইশিন্নহুনা মথ্ৰাই থাব ঙুম্ মথ্ৰাই থানরি ॥৩৮॥ নিংথৌ অথোইবা! মতৌ অমুম্না পাণ্ডব কৌরব পক্ষ অনীমকী লান্মীশিংনা তম্থিনা শাথিরবা লাঙ্গাও অসি থেংনরকপা অসিনা, অহিং অদুগ্ অমুম্নুম্ থেঙজিন্নকতুনা মহানিশা অমগী কীঙমদা লাক্লে ॥৩৯॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণ পর্ব্বদা ঘটোৎকচ বধগী মনুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী চামনিফুমাপলগুবা অধ্যায় লোইরে

———

# শ্রীমহাভারতম্

## *পঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।*

চামায়াখৈঙ্গুবা অধ্যায়

( ঘটোৎকচবু লান্দা থাজিন্নকপগী মতাং )

সঞ্জয় উবাচ।

ততঃ কর্ণো রণে দৃষ্ট্বা পার্ষতং পরবীরহা। আজঘানোরসি শরৈর্দশভির্মর্ম্মভেদিভিঃ ॥১॥

প্রতিবিব্যাধ তং কর্ণং ধৃষ্টদ্যুম্নোঽপি মারিষ!। দশভিঃ সায়কৈর্হৃষ্টস্তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥২॥

তাবন্যোন্যং শরৈঃ সংখ্যে সংছাদ্য সুমহারথৌ। পুনঃ পূর্ণায়তোৎসৃষ্টৈর্বিব্যধাতে পরস্পরম্ ॥৩॥

সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ! মতম্ অসিদা রেক্কবা হাৎঙবা কর্ণনা ধৃষ্টদ্যুম্নবু উবদা থৌরবা তেল তরানা মাগী মথবাক্ত থুন্না থাখি ॥১॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক ওইরবা নিংথৌ! মতম অমুদা মোমোন্ নোকতুনা ধৃষ্টদ্যুম্ননা থৌরবা তেল তরানা কর্ণদা কন্না থারগা "নং ঙসি চেনগন্ধ, খাঙ্গু," হায়না লাউরক্ই ॥২॥ অদুদগীদি লান্দা লাকৃঙম্ফাওমন্নবা অতিরথী অনী অসি অমগমগ

ততঃ পাঞ্চালপুত্রস্য ধৃষ্টদ্যুম্নস্য সংযুগে। সারথিং চতুরশ্চাশ্বান্ কর্ণো বিব্যাধ সায়কৈঃ ॥৪॥
কার্ম্মুকপ্রবরঞ্চাপি প্রচিচ্ছেদ শিতৈঃ শরৈঃ। সারথিঞ্চাস্য ভল্লেন রথনীড়াদপাতয়ৎ ॥৫॥
ধৃষ্টদ্যুম্নস্তু বিরথো হতাশ্বো হতসারথিঃ। গৃহীত্বা পরিঘং ঘোরং কর্ণস্যাশ্বানপীপিষৎ ॥৬॥
বিদ্ধশ্চ বহুভিস্তেন শরৈরাশীবিষোপমৈঃ। ততো যুধিষ্ঠিরানীকং পদ্ভ্যামেবাভ্যপদ্যত।
আরুরোহ রথঞ্চাপি সহদেবস্য মারিষ ॥৭॥
কর্ণস্যাপি রথে বাহানন্যান্ সূতো ন্যযোজয়ৎ। শঙ্খবর্ণান্ মহাবেগান্ সৈন্ধবান সাধুবাহিনঃ ॥৮॥
লব্ধলক্ষ্যস্তু রাধেয়ঃ পাঞ্চালানাং মহারথান্। অভ্যপীড়য়দায়স্তঃ শরৈর্মেঘ ইবাচলান্ ॥৯॥
সা পীড্যমানা কর্ণেন পাঞ্চালানাং মহাচমূঃ। সংপ্রাদ্রবৎ সুসংত্রস্তা সিংহেনেবার্দ্দিতা মৃগী ॥১০॥
পতিতাস্তুরগেভ্যশ্চ গজেভ্যশ্চ মহীতলে। রথেভ্যশ্চ নরাস্তূর্ণমদৃশ্যন্ত ততস্ততঃ ॥১১॥
ধাবমানস্য যোধস্য ক্ষুরপ্রৈঃ স মহামৃধে। বাহূ চিচ্ছেদ বৈ কর্ণঃ শিরশ্চৈব সকুণ্ডলম্ ॥১২॥

---

কাপ্‌শিল্লরকতুনা অমনা অমগী মশাবু তেস্তনা পূমম্লোম ম্লোমহল্লগা অদুদগী অমুক লীক্লংবু নাকোং মক্ক কংনা চিংলচিংলদুনা অমনা অমগী মশাদা থুম্ম থুম্মা থাজিল্লরকলে ॥৩॥ অদুদগী কর্ণনা পাঞ্চাললাম্নীগী অখোইবা, থোইনা কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্নগী সারথিবু অদুগা শগোল মরিবু নৈবা হৌরকলে ॥৪॥ অদুদগী অমুক্ত থৌরব তেল অমনা কর্ণনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী লীক্লং অদু ককথৎলগা তামচীনশাবা তেল্ অমনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী সারথিবু লৈমায়থক্ত ভুহনখি ॥৫॥ তা অদুনা শগোলগা সারথিগা হাৎপ্রবা, রথ য়াওদ্রবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা অকিবগী মশক ওইরব তা অম লংশিল্লকতুনা কর্ণগী শগোল মরি অদুবু অমুক্তদা কৈরেংননা লেংশিন-হন্দুনা হাৎখি ॥৬॥ ঈকায়খুম্মনবগী মশক ওইরবা মহারাজ! মতম্ অদুদা কর্ণনা লিলগা চপ মান্ননা মহু পুরবা তেল ময়ামনা ধৃষ্টদ্যুম্নদা থাজিল্লকই। অদুদগী ধৃষ্টদ্যুম্ন অসি মখোঙনা প্রপ্রপ চঙশিন-খিদুনা সহদেবগী রথমথক্ত চোংখৎখি ॥৭॥ খুদক অদুদা কর্ণগী সারথিনসু মোইবুংগী মতৌগুম্ ঙৌরবা কজরবা, সিন্ধুদেশদা পোক্লবা শগোল মরি অম পুশিল্লকতুন কর্ণগী রথ অদুদা পান্‌শিল্লি ॥৮॥ মতম অসিদা কর্ণনা মহাক্কী পানদমকম্ য়েক্লবা ধৃষ্টদ্যুম্নবু কংলবদুদা, কনয়াম্নদি চোকথরে হায়রবু, নোংমক্কী ময়াম্না চীঙমায়দা চুথহল্লকপগুম্ তেল মপৈ মপৈনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী মথক্তা অতৎ অথম লৈতনা হৈথরকলে ॥৯॥ কর্ণনা অয়ুম্না নৈরক্লবদা পাঞ্চালগী লাম্নীশিং অদু নোংশানা নৈরক্লবা শম্মী শল্লাওশিংগী মতৌগুম মায়গৈমরি কাংনা চেল্লবা হৌরে ॥১০॥

কর্ণনা নৈরকপা মতমসিদা মায়কৈ অকোয়বদা মকম্ পূম্বদা শগোলশামু, রথ, খোঙমী লাম্মী মপৈ মপৈনা লৈমায়থক্তা লৈপুং অমমম্ ওটনা লোন্‌থৎ-লোনথৎনদুনা তাবদু উথি ॥১১॥ পাণ্ডবপক্ষগী লাম্নীশিংনা চেল্লরক্লবদা, মতুংদা তান্ন তান্নদুনা কর্ণনা ক্ষুরমচীনশাবা তেল মপৈ-মপৈনা মখোয়গী মপাম্বোম্ অদুগা কুণ্ডলনাইন্‌গা লোয়নবা মকোক্‌শিং অদু ককথৎতুনা থাদখি ॥১২॥

উরূ চিচ্ছেদ চান্যস্য শূরস্য বিশাংপতে। । বাজিপৃষ্ঠগতস্যাপি ভূমিষ্ঠস্য চ মারিষ। ।১৩।

নাজ্ঞাসিবুর্ধাবমনা বহবশ্চ মহারথাঃ। সংছিন্নাঙ্গাবগাত্রাণি বাহনানি চ সংযুগে ।১৪।

তে বধ্যমানাঃ সমরে পাঞ্চালাঃ সৃঞ্জয়ৈঃ সহ। তৃণপ্রস্পন্দনাচ্চাপি সূতপুত্রং স্ম মেনিরে ।১৫।

অপি স্বং সমরে যোধং ধাবমানং বিচেতসঃ। কর্ণমেবাভ্যমন্যন্ত ততো ভীতা দ্রবন্তি তে ।১৬।

তান্যনীকানি ভগ্নানি দ্রবমাণানি ভারত। । অভ্যদ্রবদ্দ্রুতং কর্ণঃ পৃষ্ঠতো বিকিরন্ শরান্ ।১৭।

অবেক্ষমাণাস্তোন্যং সুসংমূঢ়া বিচেতসঃ। নাশক্নুবন্নবস্থাতুং কাল্যমানা মহাত্মনা ।১৮।

কর্ণেনাভ্যাহতা রাজন্। পাঞ্চালাঃ পরমেষুভিঃ। দ্রোণেন চ দিশঃ সর্ব্বা বীক্ষমাণাঃ প্রদুদ্রুবুঃ ।১৯।

ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা স্বসৈন্যং প্রেক্ষ্য বিদ্রুতম্। অপযানে মনঃ কৃত্বা ফাল্গুনং বাক্যমব্রবীৎ ।২০।

পশ্য কর্ণং মহেষ্বাসং ধনুষ্পাণিমবস্থিতম্। নিশীথে দারুণে কালে তপন্তমিব ভাস্করম্ ।২১।

---

ঈকায়খুম্মনবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! কর্ণনা, শগোল মথক্তা লৈরিবা, শামু মথক্তা লৈরিবা অদুগী লৈথাদা লৈরিবা লান্মীশিং অদুগী-সুমখুকউ মপামথোম্ কক্‌কক্লুনা থাদরক্লে ॥১৩॥ মহারথী অমাম্মক্‌সু চেম্নবা মতম্ অদুদা মাগী মাগী কয়ম্ কয়ম্বা হকচাং কায়াৎ খুৎখোঙনচিংবা য়াওজ্রবগে হায়বদু কাওবগী, চৈনাখোল খণ্ডনা চেম্নবা য়াওরি ॥১৪॥ কর্ণনা অমুম্নঃ তাম্নরকপা, নৈরকপা মতম অসিদা চেল্লিব সৃঞ্জয় অমদি পাঞ্চাল লান্মীশিং অদুনা কর্ণবু কিমনখিদুনা উনা অমতা প্রেক লাউবা য়াদে কর্ণ ওইরমাল্লে হায়দুনা উকথ্ উকথুননা তুদুনা, হৌগৎ-হৌগৎতুনা চেম্নরি ॥১৫॥ মথোয় মশেলগী মীচঙগী লান্মী কাওবনা চেল্‌শিল্লকপদসু কর্ণ ওইরমাল্লে হায়দুনা হুম্না য়েং য়েংদুনা চেম্নরি। অদুনা, পাণ্ডবলান্মীশিং অসিনা পোৎথাকম্ ঈখণ্ড খণ্ডনা চেম্নরাক্ল ॥১৬॥ ভরতনন্দন! মহারাজ! পাঞ্চাল সৃঞ্জয় লান্মীশিংনা মচোই মচোই-ঈচায় চাইনা চেম্নরক্‌পসিদা কর্ণসু তুংলোমদগী তেল কাপশিন-কাপশিন্না তান্নরকলি ॥১৭॥ অসুম্না কর্ণনা তক্‌শিল্লকপসিদা পাঞ্চাল লান্মীপুম্বা, কয়ি তৌগদগে হায়বদু শূক্‌খণ্ড খণ্ডনা, শুমহৎখিবগুম্না চেলকম্ লাককম্ খণ্ডনা, মায়থোং লাংশিন্দুনা চীনবান্ প্রক্ প্রক্ কংদুনা ওহাক চনীংতানা পোথাননবগী মকম্ মতম্ কাওবা কংখিব্রে ॥১৮॥ মহারাজ! কর্ণ দ্রোণ অনীনা নৈরকপসিদা, অদুগা খুৎলায় মথল মথল লংশিন্ থাজিল্লকপসিদা পাঞ্চাললান্মীশিং অসি মায়গৈ পুম্বা ওন্‌ওন্দুনা-চেনকম্ খিনা-খিনা চেম্নরকলে ॥১৯॥ মতম্ অসিদা মাগী লান্মীশিংনা, মীকূপ অমতা পঙ্খো হায়বসি য়াদনা চেম্নবাসি উবদা যুধিষ্ঠিরসু মশামক্ চেল্লাসিন্না হায়না খল্লকতুনা অর্জ্জুনদা য়েংদুনা য়া অসি হায়খি :—॥২০॥ "অর্জ্জুন! য়েঙ্‌! অকনবা অতিরথি কর্ণ হায়বসে মথুক্তা লীরুং পায়-দুনা লালকম্‌দা খোঙকম্ লেঙদনা লৈরি। অদুনা ঐনা অসুম্ খনবদু তম্‌খিনা মম্নবা অহিংসিদসু সুমিৎনা মাগী মশেক মঙাল পুদুনা লালকম্ অসিদা লেম্নরমাল্লে হায়না নীঙলে!" ॥২১॥

কর্ণসায়কনুন্নানাং ক্রোশতামেব নিস্বনঃ। অনিশং শ্রূয়তে পার্থ! যদ্বদ্ নাময়নাথবৎ ॥২২॥
যথা বিস্ফুরতশ্চাস্য সন্দধানস্য চাশুগান্। পশ্যামি নান্তরং পার্থ! অপয়ান্তি নো ধ্রুবম্ ॥২৩॥
যদত্রানন্তরং কার্য্যং প্রাপ্তকালঞ্চ পশ্যসি। কর্ণস্য বধসংযুক্তং তৎ কুরুষ ধনঞ্জয়! ॥২৪॥
এবমুক্তো মহারাজ! পার্থঃ কৃষ্ণমথাব্রবীৎ। ভীতঃ কুন্তীসুতো রাজা রাধেয়স্যাস্য বিক্রমাৎ ॥২৫॥
এবং গতে প্রাপ্তকালং কর্ণানীকে পুনঃ পুনঃ। ভবান্ ব্যবস্যতু ক্ষিপ্রং দ্রবতে হি বরূথিনী ॥২৬॥
দ্রোণসায়কনুন্নানাং ভগ্নানাং মধুসূদন।। কর্ণেন ত্রাস্যমানানামবস্থানং ন বিদ্যতে ॥২৭॥
পশ্যামি চ তথা কর্ণং বিচরন্তমভীতবৎ। দ্রবমাণান্ রথোদারান্ কিরন্তং নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥২৮॥
নৈতদস্মোৎসহে সোঢ়ুং চরিতং রণমূর্দ্ধনি। প্রত্যক্ষং বৃষ্ণিশার্দ্দূল। পাদস্পর্শমিবোরগঃ ॥২৯॥
স ভবাংস্তত্র যাত্বাশু যত্র কর্ণো মহারথঃ। অহমেনং হনিষ্যামি মাং বৈষ মধুসূদন। ॥৩০॥

---

অর্জ্জুন! কর্ণগী তেন্না পানবদা চৈনাখোল খাওবা ভমজ্রবা ঐখোয়গী লান্মীশিং অসিনা, চওজকম্ লৈত্রবা মপু পান্দ্রবগুম্‌না লাউখোংলদুনা কোয়চেল চেন্নরি! মখোয়না লাউনবসে অতৎ অথম্ লৈতনা ঐগী নাকোং অসিদা লাকৃলি ॥২২॥ পৃথানন্দন! কর্ণনা তৌরিবসে য়েংউ! লৌরিদগী তেলঅম কাপখোকপগা, হেককাপথোকৃপগা মখুৎ হাইগৎতুনা মনম্‌দা পোরিবা চেন্দোংদগী তেল অম-মুক শৎলগা তেঙ্গা খোংথিবগী মরক্কী মতম্ অসিগী অহোবা অসি শন্না অমা কাওবা উবা কংদে। অদুনা সন্ধান তৌদুনা লৈরিবা তেল অসি অসুম্ ঈকাপ কাপ্তবগুম লৈবগুম্ উরে। অদুনা অর্জ্জুন! ঙসি ঐখোয়গী লান্মী অপূম্বা কর্ণগী মখুত্তা তুমগদৌরমাল্লে ॥২৩॥ "অদুনা ধনঞ্জয়! নংনা কর্ণবু হাৎকে হায়না রাশকৃখিবদুগী থবক অদু পায়খৎপগী মতম্ ওইরবদি, মাদু থুনা য়াঙনা পাঙথোক্কবা তৌ" ॥২৪॥ মহারাজ! যুধিষ্ঠিরনা অসুম্ হায়রবদা অর্জ্জুনন কৃষ্ণদা হায়রকই :—"মাধব! ঙসিদি ঐখোয়গী রাজা নিংথৌসি কর্ণগী শক্তিসি উবদা নীঙহন্নবগুম্বা অমা তৌগ্রে" ॥২৫॥ কৃষ্ণ! হৌজকমক কর্ণদা অদুগা মাগী লান্মীশিং অসিগী মথক্ত ঐখোয়না পায়খৎকদবা থবক অসি করিনো হায়রো। ঐনা তৌগে খল্লিবসি মতম্ ওইরব্রা? ॥২৬॥ মধুসূদন! ঐখোয়গী লান্মী ময়ামসি কর্ণগী তেন্না পানবদা খাওবা ভমদদুনা মায়গৈ মরি ক্ষাংনা চেন্নরে। মরক্ অসিদা কর্ণনসু অকিবা মিপাইবা পোকহল্লি। মখোয়সি লালকম্ অসিদা মীকুপ অমত পন্থো হায়বা য়াত্রে ॥২৭॥ কর্ণ হায়বসিনা অকি অথং লৈতনা ঐখোয়গী পাওবলান্মী তেঙ্গোল মরক্ অসিদা চওদুনা মাগী থৌর থৌরবা তেন্না চেল্লরবশিং অসিবুস্ত তাম্ন তাম্না থারি হাৎলি ॥২৮॥ বৃষ্ণি শার্দ্দূলগী অখোইবা কৃষ্ণ! মমৈ নেৎপ্রবা লিন্না খাওবা ভমদবা অদুগুম্না ঐসু কর্ণনা কাহেন্না তৌশল্লকৃপসিদা য়েংদুনা খাঙদুনা লৈবা ঙম্মকৃত্রে ॥২৯॥ অদুনা, মধুসূদন কর্ণনা লৈরিবা অসি তাম্ন রথ অসি থৌজিল্লু। ঐনা মাবু হাৎলে—করে, নত্রগা মহাক্না ঐবু হাৎপ্রে করে ॥৩০॥

## বাসুদেব উবাচ।

পশ্যামি কর্ণং কৌন্তেয়। দেবরাজমিবাহবে। বিচরন্তং নরব্যাঘ্রমতিমানুষবিক্রমম্ ।৩১।
নৈতস্যান্যোঽস্তি সংগ্রামে প্রত্যুদ্‌যাতা ধনঞ্জয়।। ঋতে ত্বাং পুরুষব্যাঘ্র! রাক্ষসাদ্বা ঘটোৎকচাৎ ।৩২।
ন তু তাবদহং মন্যে প্রাপ্তকালং তবানঘ।। সমাগমং মহাবাহো। সূতপুত্রেণ সংযুগে।৩৩।
দীপ্যমানা মহোল্কেব তিষ্ঠত্যস্য হি বাসবী। ত্বদর্থং হি মহাবাহো। সূতপুত্রেণ সংযুগে।৩৪।
রক্ষ্যতে শক্তিরেষা হি রৌদ্রং রূপং বিভর্ত্তি চ। ঘটোৎকচস্তু রাধেয়ং প্রত্যুদ্‌যাতু মহাবলঃ।৩৫।

( যুগ্মকম্ )

স হি ভীমেন বলিনা জাতঃ সুরপরাক্রমঃ। তস্মিন্নস্ত্রাণি দিব্যানি রাক্ষসান্যাসুরাণি চ।৩৬।
সততং চানুরক্তো বো হিতৈষী চ ঘটোৎকচঃ। বিজেষ্যতি রণে কর্ণমিতি মে নাত্র সংশয়ঃ।৩৭।
এবমুক্ত্বা মহাবাহুঃ পার্থং পুষ্করলোচনঃ। আজুহাবাথ তদ্রক্ষস্তচ্চাসীৎ প্রাদুরগ্রতঃ।৩৮।
কবচী সশরঃ খড়্গী স ধন্বী চ বিশাংপতে।। অভিবাদ্য ততঃ কৃষ্ণং পাণ্ডবঞ্চ ধনঞ্জয়ম্।
অব্রবীৎ স তদা কৃষ্ণময়মস্ম্যনুশাধি মাম্।৩৯।
ততস্তং মেঘসঙ্কাশং দীপ্তাস্যং দীপ্তকুণ্ডলম্। অভ্যাভাষত হৈড়িম্বং দাশার্হঃ প্রহসন্নিব।৪০।

---

কৃষ্ণনা হায়ঃ— অর্জ্জুন! কুন্তীনন্দন! নিপা অথোইবা, কল্লবা কর্ণ হায়বসিনা মীন তৌবা ঙমদবা থবক ঙাক্ত তৌদুনা লালকম্ অসিদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরি ॥৩১॥ মরম অদুনা নিপা অথোইবা অকন্‌বা অর্জ্জুন! হৌজিক্কী মতমসিদা নহাক্ অম, নত্রগা ঘটোৎকচ অম অসি নত্তনা অতৈনদি মাগী মাঙদা চঙশিনবা ঙম্ময়োই ॥৩২॥ পাপ য়াওদ্রবা অকন্‌বা! মতম অসিদদি নহাক্ মক্না কর্ণগা থেংনবসি চুমদ মাল্লে খল্লি ॥৩৩॥ মরমদি অকিবগী মশক্ ফংলবা, অমনা ককপা য়াত্রবা শাংলবা লংলবা শঙাইশেল্‌ঙম্বা, ইন্দ্রনা মঙোন্দা পীবা তা অম মঙোন্দা লৈরি। অকনবা! তা অসিনা নংবু হাৎকনি হায়দুনা রাশক্তুনা তা অসি মানা হৌজিক্ ক্যাওবা শীজিন্নদনা থমলি। তা অসে অকিবগী মশক্লি। অদুনা ঘটোৎকচ অসি হৌজিকমক্ মঙোন্দা থাজিন্নবা তৌ ॥৩৪-৩৫॥ মরমদি ঘটোৎকচ হায়বসি অকন্‌বা নয়াম্বা ভীমসেনগী মচানি। লাইয়াম্বু ঙম্নবা শক্তি অচু পুরবা কল্লবা কর্ণ'ন। অসিগী মথক্ত অর্জ্জুন! কর্ণ হায়বসিগী মশাদা লাইহিংচাবা পূম্বা ঙম্নবগী থুৎলায় অমদি শক্তিসু মঙোন্দা লৈরবনি ॥৩৬॥ "অদুগা ঘটোৎকচ হায়বা নচা অসিস্থ নহাক্‌পুদি য়াম্ন লুনা তৌদুনা লৈরিবনি। মরম অদুনা মহাক্তি কর্ণবু লায়না জয় তৌবা ঙমগনি" ॥৩৭॥ অকন্‌ব কৃষ্ণনা অস্মম্না হায়রবদা অর্জ্জুননা ঘটোৎকচবু কৌই। ঘটোৎকচ অসি থুদক্ত থুঙৈ ॥৩৮॥ মহারাজ! মতম অদুদা ঘটোৎকচ অসি লাল ফুরিৎ লীরুং তেন, থাঙ তানচিংবা লালগী পোৎলোই সম্পোৎ [সম্পদ] পূম্নমক্না লৈত্তেংদুনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীগী নাক্ত চঙঙকত্তুনা "ননাই লাক্‌চয়ে, য়াথং পীনবিয়ু"—হায়না মকোক্ নোম্ন থুরুম্মে ॥৩৯॥ অদুগী তুংদা অনৌবা নোংগী কুচু মাল্লবা, ফজরবা লংলবা মায়থোংনা মহাক্কী ওইবা, হাইত্তম্নবা কুণ্ডল নাইনা নাকোংদা লৈত্তেংবা কৃষ্ণনা নোক্‌মি নোকমি তৌদুনা

## বাসুদেব উবাচ।

ঘটোৎকচ। বিজানীহি যত্বাং বক্ষ্যামি পুত্রক।। প্রাপ্তো বিক্রমকালোঽয়ং তব নান্যস্য কস্যচিৎ ॥৪১॥
স ভবান্ মজ্জমানানাং বন্ধূনাং ত্বং প্লবো ভব। বিবিধানি তবাস্ত্রাণি সন্তি মায়া চ রাক্ষসী ॥৪২॥
পশ্য কর্ণেন হৈড়িম্ব। পাণ্ডবানামনীকিনীম্। কাল্যমানাং যথা গাস্ত পালেন রণমূর্দ্ধনি ॥৪৩॥
এষ কর্ণো মহেষাসো মতিমান্ দৃঢ়বিক্রমঃ। পাণ্ডবানামনীকেষু নিহন্তি ক্ষত্রিয়র্ষভান্ ॥৪৪॥
কিরন্তঃ শরবর্ষাণি মহান্তি দৃঢ়ধন্বিনঃ। ন শক্নুবন্ত্যবস্থাতুং পীড্যমানাঃ শরার্চ্চিষা ॥৪৫॥
নিশীথে সূতপুত্রেণ শরবর্ষেণ পীড়িতাঃ। এতে দ্রবন্তি পাঞ্চালাঃ সিংহস্যেব ভয়ান্মৃগাঃ ॥৪৬॥
এতস্যৈবং প্রবৃদ্ধস্য সূতপুত্রস্য সংযুগে। নিষেদ্ধা বিদ্যতে নান্যস্ত্বামৃতে ভীমবিক্রম। ॥৪৭॥
স ত্বং কুরু মহাবাহো। কর্ম্ম যুক্তমিহাত্মনঃ। মাতুলানাং পিতৄণাঞ্চ তেজসোঽস্ত্রবলস্য চ ॥৪৮॥
এতদর্থং হি হৈড়িম্ব। পুত্রানিচ্ছন্তি মানবাঃ। কথং নস্তারয়েদ্দুঃখাৎ স ত্বং তারয় বান্ধবান্ ॥৪৯॥
তব হ্যস্ত্রবলং ভীমং মায়াশ্চ তব দুস্তরাঃ। সংগ্রামে যুধ্যমানস্য সততং ভীমনন্দন। ॥৫০॥

---

ঘটোৎকচদা অশুম্না হায়রকই ॥৪০॥ ঈবুংঙো ঘটোৎকচ। ঐনা হায়গদৌরিবসে মুন্ন অমুক্ত তাও। মতম অসিদা মতীক মথৌনা উৎকদবা মীশকসি নহাক নত্তনা পাণ্ডব পক্ষদা কনা অমত য়াওব্রে ॥৪১॥ নংগী নপানপলশিংসে অরাবা খুদোংথীবদা তাদোরে, অত্তনা অরাবা ঈপাক্ অসিদা ময়াম অসিগী পোঙ্ [হি] অমুক্ত ওইয়ু। ময়াম অসিবু অরাব ঈপাকসিদগী অমুক্ত অকন্বা নংনা লাম্হোকহল্লু। নঙোন্দা অঙক্পা খুৎলায় মখল মখল্ লৈরি। অত্তুগা নহাক্তি রাক্ষসী মায়াসু য়াম্ন লৈরিবনিদো ॥৪২॥ ঘটোৎকচ। য়েঙঙু। আদু! শঞ্জেনবা মীনা শল ইরোই ময়াম্ হোইত্তনা পুবগুম্ তাম্নবগুম্ কর্ণ মতোমদনা পাণ্ডব লাম্মীশিংবু তাম্ন তাম্নগনা নৈরি ॥৪৩॥ লীরুং অচৌবা পায়বা, মবুদ্ধি লৈরবা, মতীক মথৌনা লৈরবা কর্ণ হায়বা অাসনা পাণ্ডব পক্ষগী ক্ষত্রিয় অকনবা কয়া কয়াবু তাম্ন তাম্ন হাৎলি ॥৪৪॥ লীরুং অচৌবা পায়বা কর্ণ অসিনা তেল মপৈ মপৈবু নোংচুবগুম্ পাণ্ডব লাম্মীশিংগী মথক্তা হৈথরি। মহাক্কী খুৎলায়গী চৈনা কংবদা, কর্ণগী তেজনা খাঙবা য়েবদা ঙমদত্তনা পাণ্ডব লাম্মী অমত লালকম্দা লেপ্প ঙমদরে ॥৪৫॥ অাহিং তংখাই চল্লবা মতম্সিদা পাঞ্চাল লাম্মীশিং অসিনা কর্ণগী তেলগী চৈনা খাঙবা ঙম্দত্তনা, নোংশাবু কিবদগী শজী শঙাইশিংনা চেম্নবগী মতৌগুম্না চেম্নরি ॥৪৬॥ অকিব কংনা কল্লবা ঘটোৎকচ। কর্ণনা থরথর অস্তুম্ কন্থৎলকলি। অত্তনা পাণ্ডব লাম্মীশিংগী মসুংদা নহাক নত্তনা মাবু থিংবিনবা কনা অমত লৈত্রে ॥৪৭॥ অত্তনা পাম্বোম্ চাউরবা কল্লবা! নপাবুং নপল ঈবুঙো, নতোলশিংগী অমদি মমাঙৈগী নবুধৌশিংনা অকন্বগী থবক তৌরম্বা তৌরিবসিগুম্না নহাকসু নতীক নথৌনা উৎলু ॥৪৮॥ মমা মপা হায়বসিনা মচাবু সুংশিারবা, মচানিপা পোক্নিংলিবসে, করম তৌরপা অরাব খুদোং থীবসিগুম্বসিদগী করম্না কনানা লাম্হোকপিগদগে হায়না খল্লুবদগীনি ॥৪৯॥ অকন্বা ভীমগী মপারী। নংদি সুমিৎ চুপ্প লালক্ষমদা অকিংগী মশক ওইরবা থবক্ত তৌগুনা লাক্রিবনি। নংগী মায়াগী লালবুসু কনা অমতনা পাক কক্থৎপা ঙমদ্রিবনি ॥৫০॥

পাণ্ডবানাং প্রতপ্তানাং কর্ণেন নিশি সায়কৈঃ। মজ্জতাং ধার্ত্তরাষ্ট্রাব্ধৌ ভব পারং পরন্তপ। ।৫১।
যাত্রো হি রাক্ষসা ভূয়ো ভবন্ত্যমিতবিক্রমাঃ। বলবন্তঃ সুদুর্দ্ধর্ষাঃ শূরা বিক্রান্তচারিণঃ ।৫২।
জহি কর্ণং মহেষ্বাসং নিশীথে মায়য়া রণে। পার্থা দ্রোণং বধিষ্যন্তি ধৃষ্টদ্যুম্নপুরোগমাঃ ।৫৩।
কেশবস্য বচঃ শ্রুত্বা বীভৎসুরপি রাক্ষসম্। অভ্যভাষত কৌরব্য! ঘটোৎকচমরিন্দমম্ ।৫৪।
ঘটোৎকচ! ভবাংশ্চৈব দীর্ঘবাহুশ্চ সাত্যকিঃ। মতো মে সর্ব্বসৈন্যেষু ভীমসেনশ্চ পাণ্ডবঃ ।৫৫।
স ভবান্ যাতু কর্ণেন দ্বৈরথং যুধ্যতাং নিশি। সাত্যকিঃ পৃষ্ঠগোপস্তে ভবিষ্যতি মহারথঃ ।৫৬।
জহি কর্ণং রণে শূরং সাত্বতেন সহায়বান্। যথেন্দ্রস্তারকং পূর্ব্বং স্কন্দেন সহ জঘ্নিবান্ ।৫৭।

ঘটোৎকচ উবাচ।

অলমেবাস্মি কর্ণায় দ্রোণায়ালঞ্চ সত্তমৌ।। অন্যেষাং ক্ষত্রিয়াণাঞ্চ কৃতাস্ত্রাণাং মহাত্মনাম্ ।৫৮।
অদ্য দাস্যামি সংগ্রামং সূতপুত্রায় তং নিশি। যং জনাঃ সম্প্রবক্ষ্যন্তি যাবদ্ভূমির্ধরিষ্যতি ।৫৯॥
ন চাত্র শূরান্ মোক্ষ্যামি ন ভীতান্ ন কৃতাঞ্জলীন্। সর্বানেব বধিষ্যামি রাক্ষসং ধর্ম্মমাস্থিতঃ ।৬০।

---

য়েক্কববু নৈহৎপ মাঙহনবঙম্বা, অকনবা! অহিংগী লাল অসিনা কর্ণগী তেম্ম পানবদা কায়নহুনা চেল্লবা পাণ্ডব লাম্মীশিংসে হৌজিক্, চাংজৌ নাইদবা অয়াবগী ঈপাকমুংদা লুপখিদৌরে। নহাক্না ইপাক্কী আসোম রাংমগী তোর্বান ওইহুনা ময়ামসিবু অমুক্ক কাখৎহল্লু। নত্রবদি মখোয়সে লুপখিবনা হানখিন ভারে ॥৫১॥ অকনবা! নহাক্কী হায়নীঙঙাই লৈতনা কল্লবা, মথৌনা লৈরবা হিংচাবগী লাম্মীশং অসিনা অহিং থেঙল থেঙলগা অসুমসুম্ কনখৎলকলিবনি। মখোয়গী মপাঙ্গল মথৌনাসু অসুমসুম্ হেনগৎলকলিবনি ॥৫২॥ "মরম অদুনা ঘটোৎকচ! নহাক্না অহিং অসিদা মায়াগী লাল তৌহুনা কর্ণ হায়বসিবু মথৎহাই লৌ। অদুগা অমরোমদা পাণ্ডবশিংনা ধৃষ্টদ্যুম্নবু মাঙথানা পুরগা দ্রোণবু লোইথোক্নবা তৌগদৌরি" ॥৫৩॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! কৃষ্ণনা অসুম্না ঘটোৎকচদা হায়রকলবদা অর্জ্জুননসু অসুম্না হায়রকই: ঘটোৎকচ! ঐখোয়গী পাণ্ডব তেঙ্গোল অসীগী মনুংদা নহাক, পাম্বোম চাউরবা সাত্যকি, নপাবুং য়ায়ুং য়ায়মা ভীমসেন অহুম অসিতবু ঐনা, অকনবনি হায়না শীঙথানহুনা থম্লিবনি ॥৫৫॥ অদুনা চৎলু ঈবুঙো অহিংগী লাল অসিদা নংনা কল্লবা কর্ণ হায়বসিগা মুখা মুখি ওইনা অমুক্ক শেৎলক্ক। মহারথী সাত্যকিনা মাগী খোঙমী লাম্মীশিংগা লোয়নননা নহাক্কী ডাক্ শেনবা ওইনা নতুং ইল্লকনি ॥৫৬॥ "মমাঙৈদা ইন্দ্রনা কার্ত্তিক সেনাপতিগী মতেংদগী দৈত্যদানব পৃষ্ববু জয় তৌখিবদুগুম্না নহাক্না সাত্যকিনা পাম্বে ওইহুনা লাল তৌ, কর্ণবু হাৎলু ॥৫৭॥" ঘটোৎকচনা হায়: ঈকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরবা, পূজাতৌননীঙঙায় ওইরবা অনী! ঐ ইথন্তন কর্ণ, দ্রোণ অদুগা অতৈ অতৈ, কৌরব পক্ষগী থুৎলায় হৈরে হৈরে হায়রিবশিংসে হাৎপা ঙমজগনি ॥৫৮॥ ঐ ঙসিগী অহিংগী লাল অসিদা কর্ণগা থেংনজগনি। পৃথিবীনা লৈরিব মখৈ ঐখোয় অনীগী লালগী বিষয়সি ঙাঙ্নহন্‌হৌরগদবনি ॥৫৯॥ লাল্ অসিদা ঐ ঈমারোম্‌গী শাগৈগী রাক্ষস ধর্ম্মদা তোংহুনা,

## সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্তা মহাবাহুর্হৈড়িম্বঃ পরবীরহা। অভ্যয়াত্তুমুলে কর্ণং তব সৈন্যং বিভীষয়ন্ ॥৬১॥
তমাপতন্তং সংক্রুদ্ধং দীপ্তাস্যমিব পন্নগম্। অত্যাস্যন্ পরমেষ্বাসঃ প্রতিজগ্রাহ সূতজঃ ॥৬২॥
তয়োঃ সমভবদ্যুদ্ধং কর্ণরাক্ষসয়োর্যুধি। গর্জতো রাজশার্দ্দূল। শক্রপ্রহ্লাদয়োরিব ॥৬৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

ঘটোৎকচবধে ঘটোৎকচস্য যুদ্ধপ্রেষণে পঞ্চাশদধিক-

শততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

—:O:—

---

কনাগী চওজবা, মথুৎ লোম্নবা, কিরবা, হায়জরবা খোখোৎপা হাঙ্চরগনি। কনা অমত্ত কঞ্জররোই ॥৬০॥

সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ! মপান্থোম কল্লচাউরবা, রেক্রবহাৎঙ্গ্ব ঘটোৎকচনা অসুরা হাররবদা মহারাজগী কৌরবলাম্মী পুন্নমক্কী থম্মোয়দা মিপাইবা পোকহন্দুনা, সিংহনাদ লাউরলাউরদুনা কর্ণগী মায়গৈদা ফুজিল্লকৃই ॥৬১॥ ঘটোৎকচনা য়াম্ন শাউনা, মহুকল্লবা, খুথুকাল্লবা জিলগী মত্তৌঙ্গুমা চেলশিল্লকপসি উবদা কল্লবা কর্ণনা তেলমনম্মনম্ কাপশিন্দুনা মাগী মায়রোং মাখি ॥৬২॥ মহারাজ! মমাউদ ইন্দ্রগা প্রহ্লাদদৈত্যগা থেংনখিবহুগুম্না ঘটোৎকচগা কর্ণগা অনীগী অকিবগী মশক কংলবা লাঞ্জাও অদু হৌখ্রে ॥৬৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা "ঘটোৎকচবধ"গী মন্নুংদা "ঘটোৎকচযুদ্ধপ্রেষণ"গী চাময়াঙ্খৈগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

———

# শ্রীমহাভারতম্

## একপঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### চাময়াঙ্খৈমাথোয়শুবা অধ্যায়
### ( ঘটোৎকচ হাৎপগী লাঞ্জাও )

——:x:——

**সঞ্জয় উবাচ**

দৃষ্ট্বা ঘটোৎকচং রাজন্। সূতপুত্ররথং প্রতি। আয়ান্তং ত্বরয়া যুক্তং জিঘাংসুং কর্ণমাহবে।
অব্রবীত্তত্র পুত্রস্তে দুঃশাসনমিদং বচঃ ।১।
এতদ্রক্ষো রণে তূর্ণং দৃষ্ট্বা কর্ণস্য বিক্রমম্। প্রতিযাতি দ্রুতং কর্ণং তদ্বারয় মহারথম্ ।২।
বৃতঃ সৈন্যেন মহতা যাহি যত্র মহাবলঃ। কর্ণো বৈকর্ত্তনো যুদ্ধে রাক্ষসেন যুযুৎসতি ।৩।
রক্ষ কর্ণং রণে যত্তো বৃতঃ সৈন্যেন মানদ।। মা কর্ণং রাক্ষসো ঘোরঃ প্রমাদান্নাশয়িষ্যতি ।৪।

**ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।**

যত্তু বৈকর্ত্তনঃ কর্ণো রাক্ষসশ্চ ঘটোৎকচঃ। নিশীথে সমসজ্জেতাং তদ্যুদ্ধমভবৎ কথম্ ।৫।
কীদৃশঞ্চাভবদ্রূপং তস্য ঘোরস্য রক্ষসঃ। রথশ্চ কীদৃশস্তস্য হয়াঃ সর্ব্বায়ুধানি চ ।৬।
কিংপ্রমাণা হয়াস্তস্য রথকেতুর্ধনুস্তথা। কীদৃশং বর্ম্ম চৈবাস্য শিরস্ত্রাণঞ্চ কীদৃশম্।
পৃষ্টস্ত্বমেতদাচক্ষ্ব কুশলো হ্যসি সঞ্জয়।।৭।

---

**সঞ্জয়না হায়ঃ**—মহারাজ! ঘটোৎকচনা মতৌ অসুম কর্ণবু হাৎকে হায়না খন্দুনা শাফু কন্না হোৎচিল্লকপসি উবদা দুর্য্যোধননা মনাও দুঃশাসনবু য়েংডুনা হায়খি ঃ—দুঃশাসন! ঘটোৎকচ হায়বা অসে কর্ণগী মপাঙ্গল মথৌনাসি উবদা খাওবা ওমদদুনা কর্ণ তয় ফুজিল্লকলি। নং মাবু খিংননবা তৌ ॥১-২॥ বিকর্ত্তন নন্দন, কল্লবা কর্ণনা হিংচাবা অসিগা থেংনগদবগী লৈরিবা মকম্ অসিদা পাকচাউরবা লান্মীমপৈ অমগা লোয়ননা গৌঞ্জিকমক চঙশিল্লু ॥৩॥ ঈকায়থুম্নফম ওইবা মীবু সম্মান তৌবা হৈবা! অকনবা! নং ঈয়াম্বগী য়াথং পুদুন, লান্মী মপৈনা ঈকোয় কোয়শিন্দুনা কর্ণবু ঙাকশেন্নবা তৌরু। কর্ণনা করিগুম্ব কোমথোকপদগী হিংচাবা অসিনা জয় তৌখিদনবা নহাক্না মাহু তৌরু" ॥৪॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! আহং নোংয়াইগী মতমদা বিকর্ত্তনকর্ণগা হিংচাবা ঘটোৎকচগা মুখামুখি ওইনা থেংনাখিবাসগী মরমদা শুগাইন লৌয়ু ॥৫॥ অকিবগী মশক ওইরবা হিংচাবা ঘটোৎকচ হায়বাসিমকাত্ত কমদৌই? মাগী রথ, শগোল, ফিরাল, সারথিনচিবসি কমদৌবা? ॥৬॥ সঞ্জয়! ঘটোৎকচগী শগোলাশংঙ্গু কয়ামুক চাউই? মাগী রথগী ফিরাম্ন মচু মওং কমদৌই? মাগী লালফুরিৎ-কোয়েৎ লুহুপনা কমদৌবা? ঐনা হংলিহংলিবসে মচা খায়না খায়না লৌয়ু। সঞ্জয়! নংসে রারী লৌবতদি হৈথ্রেদা ॥৭॥

সঞ্জয় উবাচ।

লোহিতাক্ষো মহাকায়স্তাম্রাস্যো নির্ণতোদরঃ। ঊর্দ্ধরোমা হরিশ্মশ্রুঃ শঙ্কুকর্ণো মহাহনুঃ ॥৮॥
আকর্ণাদ্দারিতাস্যশ্চ তীক্ষ্ণদংষ্ট্রঃ করালবান্। সুদীর্ঘতাম্রজিহ্বোষ্ঠো লম্বভ্রূঃ স্থূলনাসিকঃ ॥৯॥
নীলাঙ্গো লোহিতগ্রীবো গিরিবর্ষ্মা ভয়ঙ্করঃ। মহাকায়ো মহাবাহুর্মহাশীর্ষো মহাবলঃ ॥১০॥
বিকৃতঃ পরুষস্পর্শো বিকটোদ্বদ্ধপিণ্ডিকঃ। স্থূলস্ফিগ্‌গূঢ়নাভিশ্চ শিথিলোপচয়ো মহান্ ॥১১॥
তথৈব হস্তাভরণী মহামায়োঽঙ্গদী তথা। উরসা ধারয়ন্নিষ্কমগ্নিমালাং যথাচলঃ ॥১২॥ (কুলকম্)
তস্য হেমময়ং চিত্রং বহুরূপাঙ্গশোভিতম্। তোরণপ্রতিমং শুভ্রং কিরীটং মূর্দ্ধ্ন্যশোভত ॥১৩॥
কুণ্ডলে বালসূর্য্যাভে মালাং হেমময়ীং শুভাম্। ধারয়ন্ বিপুলং কাংস্যং কবচঞ্চ মহাপ্রভম্ ॥১৪॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ— মহারাজ! ঘটোৎকচগী মমীৎ অনীসি ঈগুম্না ভাওভি, মশা য়াম্না রাংচাউই, মমাংনা কোয়ী মচুনি, মতুক্ চোল্লি, মতু চপ্‌ চপ্‌ য়ুংনা হৌই, মকোইনা ভৌরুনৈ, মনাকোং অনীগু য়োৎপী চাউরবা অনীগুম্ চপ য়ুংনা পাল্লি, মখা থংবা চীনবান অদু য়াম্না পাক চাউই, খয়াৎ অনীনা মনাকোং অনীগা অদুম শম্নরে। মম্না য়াথক্ য়াখাশিং অদু য়াম্না তুম্মি. লংভি, মথোঙ মখুৎনচিংবা হকচাং কায়াৎ পূম্বা মওং মতৌদা অকিবগী মশক্লি। মরৈগা চীনবানগা অনীসি য়াম্না শাংভি অদুগা কোয়ী মচুনি। পীশূম অনীগু মনাকোংগা অদুম শম্নরে হায়রবা য়াই, মনাতোল মখুল অনীগু য়াম্না লাওই, মনাতোন অদু রাংনা তুম্মি, মচুদি শংমনখিত্তুনা মুরে। অদুবু মঙকশমাদ ভাংশং ভাওভি। মশা মওং মতৌ কিরেপতি চীভগ্নমগুাম্ম, মম্মে মরৈ তায়, মকোক য়াম্না চাউই। য়েংবদা মহা অকিবগী মশকনি, মকোক্কী মশম অদুম্ম ওম্পোক্লা শাখিনা মরৈ মরৈ তাশিন্দুনা লরাই লেম্ফ্‌দা শ্রু শ্রু নৈশিন্দুনা পুল্লপ ওইনা পুল্লি। মকৈগল অনীগু অদুগা নীভজোল অনীগু য়াম্না নোয়। খোয়দি য়াম্না পীকই কুৎলি, মশা পূম্বগী শিংলিশিং অদু ফল ফল চোংথোকতুনা থরাক থরাক য়াম্বগুম তৌই। মখুদাং অনীদা থৃজী, মপাম্বোম্ অনীদা লংলবা তাল [পাখোমকাবী] শি। আসগুম্বা মশা মউ য়াং চাউরবা, মপাঙ্গল থোইনা কল্লবা, মায়াম্ম থোইনা হৈরবা, উবদা অকিবা মিপাইবা পোক্লমবগী মশক্ ওইরবা ঘটোৎকচনি মহারাজ! চীঙজাউনা মাগী চীঙয়ায়দা মৈগী (লৈম্মে)গী পরেং অম খাউগুম গুনবম্বগুম্না পাক চাউরবা মথবাক অদুদা শাংলবা সনগী পরেং অমনম্ম হায়হম্না নীংখিজম্মি ॥৮–১২॥
অনাতনা পূমহৈগুইনা শাবগুম তৌরবা, য়াম্না য়েক খোৎতুনা কজহল্লবা, কালোক [গোলোক] কোন্থা অম্মথোঙ অমগুম্বা, তৌয়োক তৌরবা, য়াং চাউরবা লুহুপ অম, ঘটোৎকচগী কোকথক্তা কোক অদুগী কৈতেং ওইনা থিল্লি ॥১৩॥ ঘটোৎকচগী মনাকোং অনীদা খোয়কপদা তায়রিবা রুমিৎকী মশেক মচুগুম লংনা শাঙতৈনরবা কুণ্ডল মাইম অনীনা হাই হুমলি। অঙকশমদা সনা মণিমুক্তানা থাম্নবা লীক পরেং অমম্ম শি। মথবাক মনংগল লোইনা কূপ্লবা শেঙ্গোংগী

কিঙ্কিণীশতনির্ঘোষং রক্তধ্বজপতাকিনম্। ঋক্ষচর্মাবনদ্ধাঙ্গং নল্বমাত্রং মহারথম্ ।১৫।
সর্ব্বায়ুধবরোপেতমাস্থিতো ধ্বজশালিনম্। অষ্টচক্রসমাযুক্তং মেঘগম্ভীরনিস্বনম্ ।১৬। (যুগ্মকম্)
মত্তমাতঙ্গসঙ্কাশা লোহিতাক্ষা বিভীষণাঃ। কামবর্ণজবাযুক্তা বলবন্তঃ শতং হয়াঃ ।১৭।
বহন্তো রাক্ষসং ঘোরং বালবন্তো জিতশ্রমাঃ। বিপুলাভিঃ সটাভিস্তে হেষমাণা মুহুর্মুহুঃ ।১৮।
(যুগ্মকম্)
রাক্ষসোঽস্য বিরূপাক্ষঃ সূতো দীপ্তাস্যকুণ্ডলঃ। রশ্মিভিঃ সূর্য্যরশ্ম্যাভৈঃ সংজগ্রাহ হয়ান্ রণে ।১৯।
স তেন সহিতস্তস্থাবরুণেণ যথা রবিঃ। সংসক্ত ইব চাভ্রেণ যথাদ্রির্মহতা মহান্ ।২০।
দিবস্পৃক্ সুমহান্ কেতুঃ স্যন্দনেঽস্য সমুচ্ছ্রিতঃ। রক্তোত্তমাঙ্গঃ ক্রব্যাদো গৃধ্রঃ পরমভীষণঃ ।২১।

---

লালফুরিং অম লীৎলি ॥১৪॥ অসিগুম্বা ঘটোৎকচ অসি রাং চউরবা মশাগা জুড়া চাবা রথ অমদা তোংঙি। রথ অদুগী মরাক ময়ুং অকোয়বদু খুঠুপ চামরি রোমনি। রথ অদুগী অম্বারী মচীন অকোয়বদা য়াল্লিবা খাংশরীক চাম চামনা কুং ক্রোং কুং ক্রোং লাউনা মখোল থোক্লি। চাউরবা রাংলবা ঙাঙলবা ফিরাল অদুগী চৈখোক্তা ঈগুম ঙাঙলবা ফিরাল মচা মচা য়াম্না অমুক থেৎলি। রথ অদুগী অকোয়বদ কক্রাং ওইনা থারবা শওমগী মউম্না য়েৎতুনা কোয়াশিল্লি। খুংলায় মথল মথল মাত্রগী মপুংদা থম্লি। খ্বাইগী রথ ময়াম মরকুগী মাগী রথ অহুনা মওঃ অমওইনা তোমখিল ওইনা মরেক লানা উই। কাংব্রোঙ নিপাম্না, লৈপাক্না তক্রবদা, নোং খোংবগুম মখোল হোৌনা উরুরুরু লৈরি ॥১৫-১৬॥

শাথিনা কল্লবা, অরাবা চোকৃথবা লৈতবা, য়েংবদা অকিবা কংলবা অতৎ অথম্ লৈতনা খোংল খেল্লবা শগোল্ চামনা অকিবগী মশক্ ওইরবা ঘটোৎকচগী রথ অদু চিংলি। শগোল্শিং অদুগী মওং মতৌস্ অমমম্না ময়ায় কারবা শামু অমমম্গুম্মি। মমীৎশিং অদু ঙাংশং ঙাংশং ঙাঙঙি, মচুদি লোইনা মুগুক মুই। মথাগী মতুশিং অদু অকবা শগোলগী খুদম্ পুবা ভুরৈ মক্তগী মওং হোৌই। শগোলশিং অদুগী মশোং অদু অটাগুম্ উরুরু তাশিল্লি ॥১৭-১৮॥ মমায় লংত্রিক লংবা, লংলবা কুণ্ডলনাইরা মনাকোংদা হাইহুথা, বিরূপাক্ষ কৌবা সারথি অমনা নোংলকুগী মরীচুম হাইদোকলকপা নুমিৎকী মশেককুম্ শাংলবা, শগোলগী চুপ্পীশিং অদু খুঠম্ চেৎনা পায়রি॥১৯॥ অরুণ কৌবা সারথিগা লোয়ননা শগোল তরেৎনা চিংবা রথদা তোংবা নুমিৎকী মতৌগুম্না বিরূপাক্ষ হায়রিবা সারথিনা থৌরিবা রথ মথকঅদুদা ঘটোৎকচসি মহারথীগী আসনদা কম্লি। মহারথী সারথি অনীসিনা তিন্নবমক্তি চীঙজাওগী মতোলগা মুরবা নোংগী মতুংগা তিন্নখিবসি মগায় ॥২০॥ রথ অদুদা যুংলিবা খেৎলিবা ফিরালাশং অদুদগী তোমখিল্ ওইনা রাংচাউরবা ফিরাল অম নোংমদোন্ খেৎনা যুংলি। ফিরাল্ অদুদা মচীন ঙাঙবা, শাহিংচাবা, অকিবগী

বাসবাশনিনির্ঘোষং দৃঢ়জ্যমতিবিক্ষিপন্ । ব্যক্তং কিষ্কুপরিণাহং দ্বাদশারত্নি কার্ম্মুকম্ ॥২২॥
রথাক্ষমাত্রৈরিষুভিঃ সর্ব্বাঃ প্রচ্ছাদয়ন্ দিশঃ । তস্যাং বীরাপহারিণ্যাং নিশায়াং কর্ণমভ্যয়াৎ ॥২৩॥
(যুগ্মকম্)

তস্য বিক্ষিপতশ্চাপং রথে বিষ্টভ্য তিষ্ঠতঃ । অশ্রূয়ত ধনুর্ঘোষো বিস্ফূর্জিতমিবাশনেঃ ॥২৪॥
তেন বিত্রাস্যমানানি তব সৈন্যানি ভারত ।। সমকম্পন্ত সর্ব্বাণি সিন্ধোরিব মহোর্ম্ময়ঃ ॥২৫॥
তমাপতন্তং সংপ্রেক্ষ্য বিরূপাক্ষং বিভীষণম্ । উৎস্ময়ন্নিব রাধেয়স্ত্বরমাণো ন্যবারয়ৎ ॥২৬॥
ততঃ কর্ণোঽভ্যয়াদেনমস্যন্নস্যন্তমন্তিকাৎ । মাতঙ্গ ইব মাতঙ্গং যূথর্ষভমিবর্ষভঃ ॥২৭॥
স সন্নিপাতস্তুমুলস্তয়োরাসীদ্বিশাংপতে ।। কর্ণরাক্ষসয়ো রাজন্নিন্দ্রশম্বরয়োরিব ॥২৮॥
তৌ প্রগৃহ্য মহাবেগে ধনুষী ভীমনিস্বনে । প্রাচ্ছাদয়েতামন্যোন্যং তক্ষমাণৌ মহেষুভিঃ ॥২৯॥
ততঃ পূর্ণায়তোৎসৃষ্টৈরিষুভির্নতপর্ব্বভিঃ । ব্যদারয়েতামন্যোন্যং কাংস্যে নির্ভিদ্য বর্ম্মণী ॥৩০॥
তৌ নখৈরিব শার্দ্দূলৌ দন্তৈরিব মহাদ্বিপৌ । রথশক্তিভিরন্যোন্যং বিশিখৈশ্চ ততক্ষতুঃ ॥৩১॥

---

মশক ওইবা লাওজাগী মূর্ত্তি অম লৈ ॥২১॥ অসিগুম্বা রথদা ঘটোৎকচনা লৈমীবু নাকোং কংনা চিংডুনা, তেন্তনা মায়গৈ মরি পূমৎন থন্না কৃপ্তুনা অকনবশিংগী লোইনকম্ তয়কম্ অহিং অত্তদা কর্ণ তম্না চেনশিল্লকই। মতম অদুদা বজ্রগী শব্দগা মান্নবা, মাগী লৈরুংগী মখোল্না মায়গৈ মরি অদু পূমনিন নিল্লি। মহাক্কী লৈরুং অসি য়াম্ন কল্লি, লৈরুংনা কাপ্‌ তরানিথোই শাংডি লৈরীদগী মরুং চবুক কাওবত্ত খুত্তুপ্‌ অমনি। তেলশিং অদুস্ন চৈশাং অমমমগী মত্তোওম্না অতৈ অতৈদগী য়াম্ন শাংবা হেল্লি ॥২২-২৩॥ ঘটোৎকচনা লৈরী খাঙবা চিংবা মতম্ অসিদা মাদুগী মখোল্না লালকম্ অগু পূমনিন নিল্লি ॥২৪॥ ভরতনন্দন! মহারাজ! মহাক থোরকপাসিদা কৌরব লান্মী তেন্দোল অত্ত নুংশিৎ ইপোম্ন ফুবগুম্ন, পূমলেং লেঙথি ॥২৫॥

মমীৎ লাওথোক্লবা, অকিব মূর্ত্তি পুরবা ঘটোৎকচ লাক্কপাসি উবদা কর্ণনা মোমোন্ নোক্কনা মাবু থিংব হৌথি। ॥২৬॥ ঘটোৎকচনা তেল কাপশিন কাপশিন্না নকশিল্লকলবা মতম অসিদা, ময়ায় কারবা শামু অমনা মমান্নবা ময়ায় কারবা অতোপ্প শামু অমগী নাক্ তাম্ন চঙশিনখিবদুগুম্না কল্লোরবা কর্ণস্ন তেল কাপশিন কাপশিন্না ঘটোৎকচ তম্ন ফূজিল্লকই ॥২৭॥ মহারাজ! ইন্দ্রগা শম্বরাসুরগা অনীনা থেংনখিবা লান্নাওদুগুম্না কর্ণ ঘটোৎকচনা কন্না থেংনবা হৌরকলে ॥২৮॥ মখোয় অনীসিন অকিব কংনা খোঙ্গেল থোক্লবা মাগী মাগী লৈরুং অত্ত খুত্তম্ চেৎনা পায়নত্তুনা শাংল শাংলবা থৌরবা তেন্না অমনা অমদা কন্ন থাবা হৌনরকলে ॥২৯॥ মাগী-মাগী লৈরীবু নাকোং মরু কংন কংন চিংনরগা অমনা অমগী য়োৎকী শেঙ্গোংগী লালফুরিৎশিং অত্তবু থিনগাইত্তুনা কন্না কন্না থানরক্লি ॥৩০॥ কৈজাউ অনীনা খুজীন্ন', শামু অনীনা ময়ানা, থোৎনরকপা য়াথিন্নরকপগুম্

সংছিন্দন্তৌ চ গাত্রাণি সন্দধানৌ চ সায়কান্ । দহন্তৌ চ শরোত্তাভিদুর্ষ্প্রেক্ষ্যৌ স্ম বভূবতুঃ ॥৩২॥
তৌ তু বিক্ষতসর্ব্বাঙ্গৌ রুধিরৌঘপরিপ্লুতৌ । ব্যভ্রাজেতাং যথা বারি স্রবন্তৌ গৈরিকাচলৌ ॥৩৩॥
তৌ শরাগ্রবিভুগ্নাঙ্গৌ নির্ভিন্দন্তৌ পরস্পরম্ । নাকম্পয়েতামন্যোন্যং যতমানৌ মহাদ্যুতী ॥৩৪॥
তৎ প্রবৃত্তং নিশাযুদ্ধং চিরং সমমিবাভবৎ । প্রাণয়োর্দীব্যতো রাজন্ ! কর্ণরাক্ষসয়োর্মৃধে ॥৩৫॥
তস্য সন্দধতস্তীক্ষ্ণান্ শরাংশ্চাসক্তমস্যতঃ । ধনুর্ঘোষেণ বিত্রস্তাঃ স্বে পরে চ তদাভবন্ ॥৩৬॥
ঘটোৎকচং যদা কর্ণো বিশেষয়তি নো নৃপ ! । ততঃ প্রাদুশ্চকারাস্ত্রং দিব্যমস্ত্রবিদাং বরঃ ॥৩৭॥
কর্ণেন বিহিতং দৃষ্ট্বা দিব্যমস্ত্রং ঘটোৎকচঃ । প্রাদুশ্চক্রে মহামায়াং রাক্ষসঃ পাণ্ডুনন্দনঃ ॥৩৮॥
শূলমুদ্গরধারিণ্যা শৈলপাদপহস্তয়া । রক্ষসাং ঘোররূপাণাং মহত্যা সেনয়া বৃতঃ ॥৩৯॥ (যুগ্মকম্)
তমুদ্যতমহাচাপং দৃষ্ট্বা তে ব্যথিতা নৃপাঃ । ভূতান্তকমিবায়ান্তং কালদণ্ডোগ্রধারিণম্ ॥৪০॥

---

কর্ণগা ঘটোৎকচগা অনী অসি মাগী মাগী থাঙ তা তেলনচিংবা খুৎলায় মথল্ মথল্লা কয় খাজিন্ কাপ্ শিন্ ফুজিন্নবা হৌরক্লে ॥৩১॥ মখোয় অনীগী তেল্ মচীঙ, হকচাংগী শরুকপু তোঙাল তোঙাল্ ককৃথৎনবা, তেলগী মশক লৌরবা নোংথাং অমদি শংঙাইশেন্না মশা মশাবু চাকথেকহনবা অসিনচিংবা অকিবা কংলবা থবকৃশিং অসি মিপাইগনবা ভাবুকশিং অগুদি য়েংদুনা লৈবা গুম্মকৃল্লে ॥৩২॥ মখোয় অনীগী মশাদু ঈহং নাইহং শানরকৃলে। ঈগী ঈচেল্ শিন্থনরকলে.। অদুনা মখোয় অনীনা খাব্রাং লেপ্ মিন্নবসি নোংজু পাম্বাগী, চীঙলৈবাক্কা লোয়ননা চেম্বরকপা ঈশিং মরী মরীনা থল্লবা চীঙজাউ অনীগী মতোসি মঙায়খ্রে ॥৩৩॥ অমনা অমবু গুম্‌গে হাৎকে হায়না নাঙনরবা, য়াম্ন চ্যোকশিন্না থেংনরক্লবা কর্ণ ঘটোৎকচ অনীসি অমন অমবু কয় কম্না থানরকপদুনা মখোয় অনীমক্তী মশাপুম্বদু শিংগুপ্ শান্নহল্লে। অদুম্ ওইনমক্ মখোয় অনীসি খোঙকম্ নামত্ত লেঙদনা হন্নদনা শোক্লরি ॥৩৪॥ অমগ মগা থেংনরকলি ঈরা য়ানদবগুম্ শান্নবগুম্ তৌনরি। অম্ত্ময়া মখোয় অনীমক্ থেংনরকপসিনা অহিং কন থেঙলক্লাওবদা অমনা অমবু লাকৃচনদনা চপ্ মান্ননা চথরক্লমি ॥৩৫॥ মখোয় অনীনা কাপ্পরকপা তেলশিং অসি থুনা য়াঙনা কাপ্পখিবনা তেল মরী অমত্ত ওইনা মশম্ মশম্নন। পাইশিল্লরকৃলি মখোয় অনীগী কাপ্পরকপগী মখোল্ তাবদা কাঙবু অনীমক্তী লান্মীশিংগী থম্মোয়দা য়েপাইবা অকিবা পোকখ্রে ॥৩৬॥

মহারাজ! খুৎলায়গী বিদ্যাপুম্ব খঙল হৈরবা কর্ণনা ঘটোৎকচবু লাকৃচবা গুমকৃত্রবা কাল অসিদা কর্ণনা মীচমনা খঙদবা অস্ত্রকপা খুৎলায় অম পুখোকৃখি ॥৩৭॥ অস্ত্রকপা খুৎলায় অম পুখোরকৃপসি উবদা পাণ্ডুগী বংশদা পোক্লবা ঘটোৎকচন্থু অস্ত্রকপা মায়াগী লাল অম তৌরকলে থাঙ তা য়োম্ছুক্, নুংগুক, গদা, অহুগা চাউরবা চীঙহুম্ উপাম্বী পায়রবা, অকিবগী মশক ওইরবা হিংচাবা লান্মী মক্লনা ঘটোৎকচবু ঈকোয় কোয়াশন্না থাকৃশেন্দুনা থম্মাস কর্ণনা উরে ॥৩৮-৩৯॥ মতম অসিদা ঘটোৎকচনা চাউরবা লীরুং অম পায়থত্নুনা অকিবগী মশক্ ওইরবা কালদণ্ড পায়শা যমরাজগুম্না চগুশিল্লকৃপসি উবদা কুরুপক্ষগী নিংথৌ লান্মী পুম্নমক্ কিবনা

ঘটোৎকচপ্রযুক্তেন সিংহনাদেন ভীষিতাঃ। প্রসুস্রুবুর্গজা মূত্রং বিব্যথুশ্চ নরা ভৃশম্ ॥৪১॥
ততোঽশ্মবৃষ্টিরত্যুগ্রা মহত্যাসীৎ সমন্ততঃ। অর্দ্ধরাত্রেঽধিকবলৈর্বিমুক্তা রক্ষসাং বলৈঃ ॥৪২॥
আয়সানি চ চক্রাণি ভুষুণ্ড্যঃ শক্তিতোমরাঃ। পতন্ত্যবিরলাঃ শূলাঃ শতঘ্ন্যঃ পট্টিশাস্তথা ॥৪৩॥
তদুগ্রমতিরৌদ্রঞ্চ দৃষ্ট্বা যুদ্ধং নরাধিপ!। পুত্রাশ্চ তব যোধাশ্চ ব্যথিতা বিপ্রদুদ্রুবুঃ ॥৪৪॥
তত্রৈকোঽস্ত্রবলশ্লাঘী কর্ণো মানী ন বিব্যথে। ব্যধমচ্চ শরৈর্মায়াং ঘটোৎকচবিনির্ম্মিতাম্ ॥৪৫॥
মায়ায়াস্তু প্রহীণায়ামমর্ষী স ঘটোৎকচঃ। বিসসর্জ্জ শরান্ ঘোরান্ সূতপুত্রং ত আবিশন্ ॥৪৬॥
ততস্তে রুধিরাভাক্তা ভিত্ত্বা কর্ণং মহাহবে। বিবিশুর্ধরণীং বাণাঃ সংক্রুদ্ধা ইব পন্নগাঃ ॥৪৭॥
সূতপুত্রস্তু সংক্রুদ্ধো লঘুহস্তঃ প্রতাপবান্। ঘটোৎকচমতিক্রম্য বিভেদ দশভিঃ শরৈঃ ॥৪৮॥
ঘটোৎকচো বিনির্ভিন্নঃ সূতপুত্রেণ মর্ম্মসু। চক্রং দিব্যং সহস্রারমগৃহ্ণাদ্ব্যথিতো ভৃশম্ ॥৪৯॥
ক্ষুরান্তং বালসূর্য্যাভং মণিরত্নবিভূষিতম্। চিক্ষেপাধিরথেঃ ক্রুদ্ধো ভৈমসেনির্জিঘাংসয়া ॥৫০॥
(যুগ্মকম্)

---

থক থক নীক্লরকলে ॥৪০॥ ঘটোৎকচনা লাউরকপা সিংহনাদগী খোল্লাও তাবদা শগোল শাম্ব পূম্বা খড়ৈদনা মাংথোকখি, মপান থোকতোকখি ॥৪১॥ অদুগী তুংদা অহিং তংখাই হোঙ্গল্লকলবা মতমাসদা মপাঙ্গল খোইনা কন্থৎলকলবা হিংচাবশিং অদুনা লংশিল থাজিল্লকপা য়োচ্ছুক মুংশুক মপৈ মপৈ অদুনা লেল তারকপা মতৌগুম্না মায়গৈ পূম্বদগী কৌরব লাম্মীশিং অদুগী মথক্তা পাইথরকলি ॥৪২॥ য়োংকী চাকা [চক্র] খোয়দ্রিং খোয়দ্রাংবা য়োচ্ছুক, তা অশাংব মচীন অহুম মাম্ন লোঙবা তা, থাঙ অপাকপা অতেনবা, অমুক অমুক্তা লাম্মী চামা চাম হাৎচুম্বা তা, য়োৎ মপাক অসনাচিংবা অতৎ অথম লৈতনা তারকখি ॥৪৩॥ মহারাজ! কর্ণ ঘটোৎকচ অনীগী অকিবগী মশক ওইরবা তমাথরবা লাঞ্জাও অসি উবদা মহারাজগী নচাঈবুঙোশিংনা মিপাইখিবনা লালকম্দগী হন্দোক্লম্রে ॥৪৪॥ অডুক য়াম্বা কৌরব লাম্মীশিং অদুদগী কিদনা লৈহৌরিবা হায়রবু কর্ণত মঙায়হোরে। মহাক্না মশাগী বিদ্যাতনা হিংচাব ঘটোৎকচগী রাক্ষসী মায়া অদু মাঙহন্খি ॥৪৫॥ মাগী মায়া অদুবু মাঙহনখিবদুদা ঘটোৎকচ অসি থোইনা শাউরে। অদুদগী অতৎ অথম্ লৈতনা কর্ণদা কন্না কন্না কাপশিল্লকলে। তেলশিং অদুনা কর্ণগী মশাদা ফুংফুং কাওজিন্খি ॥৪৬॥ অদুদগী তেলশিং অদুনা ঈনা পূমলূপ লূপ্তুনা কর্ণগী নংগল্লোমদগী কাওদোকখিদুনা লৈন্নুংদা মশক উদমখৈ চঙশিনখি ॥৪৭॥ অদুদগী অশাউবনা মৈ হৌরবা কর্ণ অসি থৌরবা তেল তরানা ঘটোৎকচদা কন্না থাখি ॥৪৮॥ তেলশিং অদুনা ঘটোৎকচগী থজীনবু থিনগাইখিবদুদা ভীমসেনগী মচা ঘটোৎকচ অসি থোইদোক্না শাথিনা চৈনা ফংখি অদুগা য়াম্না শাউখিদুনা কর্ণবু হাৎলগে হায়না খল্লদুনা মীরমলেন্দা লৈতবা, অকৈবা য়োংকী ময়া লিশিং অম পানবা অমমম্না ক্ষুরগী মচীনগুম্ থৌরবা, থোরকপদা ভাম্নরিবা নুমিৎকী মতৌগুম্না মশেক পুরবা মরক মরক্তা মাণ মরীক, সনা লূপা মরীক মথীক্না হাজং হৈবা, চক্র অম পায়খত্নুনা কর্ণ তম্ন মপা চুম্ন লংশিল্লকুই ॥৪৯-৫০॥

প্রবিদ্ধমভিবেগেন বিক্ষিপ্তং কর্ণসায়কৈঃ। অভাগ্যস্যেব সঙ্কল্পস্তন্মোঘমপতদ্ভুবি ॥৫১॥
ঘটোৎকচস্তু সংক্রুদ্ধো দৃষ্ট্বা চক্রং নিপাতিতম্। কর্ণং প্রাচ্ছাদয়দ্বাণৈঃ স্বর্ভানুরিব ভাস্করম্ ॥৫২॥
সূতপুত্রস্ত্বসংভ্রান্তো রুদ্রোপেন্দ্রেন্দ্রবিক্রমঃ। ঘটোৎকচরথং তূর্ণং ছাদয়ামাস পত্রিভিঃ ॥৫৩॥
ঘটোৎকচেন ক্রুদ্ধেন গদা হেমাঙ্গদা তদা। ক্ষিপ্তা ভ্রাম্য শরৈঃ সাপি কর্ণেনাভ্যাহতাপতৎ ॥৫৪॥
ততোঽন্তরীক্ষমুৎপত্য কালমেঘ ইবোন্নদন্। প্রববর্ষ মহাকায়ো দ্রুমবর্ষং নভস্তলাৎ ॥৫৫॥
ততো মায়াবিনং কর্ণো ভীমসেনসুতং দিবি। মার্গণৈরভিবিব্যাধ ঘনং সূর্য্য ইবাংশুভিঃ ॥৫৬॥
তস্য সর্ব্বান্ হয়ান্ হত্বা সংছিদ্য শতধা রথম্। অভ্যবর্ষচ্ছরৈঃ কর্ণঃ পর্জন্য ইব বৃষ্টিভিঃ ॥৫৭॥
ন চাস্যাসীদনির্ভিন্নং গাত্রে দ্ব্যঙ্গুলমন্তরম্। সোঽদৃশ্যত মুহূর্ত্তেন শ্বাবিচ্ছললিতো যথা ॥৫৮॥
ন হয়ান্ ন রথং তস্য ন ধ্বজং ন ঘটোৎকচম্। দৃষ্টবন্তঃ স্ম সমরে শরৌঘৈরভিসংবৃতম্ ॥৫৯॥
স তু কর্ণস্য তদ্দিব্যমস্ত্রমস্ত্রেণ শাতয়ন্। মায়াযুদ্ধেন মায়াবী সূতপুত্রমযোধয়ৎ ॥৬০॥
সোঽযোধয়ত্তদা কর্ণং মায়য়া লাঘবেন চ। অলক্ষ্যমাণানি দিবি শরজালানি চাপতন্ ॥৬১॥

---

অদুবু, মহারাজ! চক্র অদু, মরায়বক ফত্তবা মীনা ফনা তৌজদুনা নোমজহনস্থ মহৈ ঈচা চাদবা অদুগুম্না কর্ণগী তেন্না পানবদা, লৈমায়থক্ত তুমিন্ন তাখি ॥৫১॥ চক্রগুনা কান্নদনা তাখিবদুদা ঘটোৎকচ অসি হান্নদগী হেন্না অমুক শাউখ্রে। রাহুনা থাবু উমখিবহুগুম্না ঘটোৎকচনা কাপলকপা তেল মপৈনা কর্ণ অসি মশক উদমথৈ য়োমশিন উমশিনখ্রে ॥৫২॥ মতম অদুদা থোইনা শাউরবা কর্ণনা ঘটোৎকচগী রথ অদুব্ন তেন্তনা পূময়োম য়োমহনখি ॥৫৩॥ মতম অদুদা ঘটোৎকচনা সনানা থান্নবা চাউরবা গদা অম কর্ণতম্না লাক্কনা লংশিল্লকই। অদুবু মথদস্থ কর্ণগী তেন্না পানবদা থকতোকতুনা কান্নদনা লৈমায়থক্ত তাখি ॥৫৪॥ অথদগী রাং চাউরবা ঘটোৎকচ অসি নোংমদোন্থক্ত পাইখৎলি। অদুগা নোংমদোন্ থকতুদগী, মুরবা নোং মতূম অমনা ভংবগুম ভংস ভংলদুনা চাউর চাউরবা উপাম্বী অমমম্না নোং মরীক অমমমগুম কর্ণগী মথক্ত চুথহল্লকলি ॥৫৫॥ মুমিৎ মশেক মরী পরেং পবেংনা নোং মতূম মতূম্মু খিনগাইদুনা পাইখোকহনখিবহুগুম্না কর্ণনা মাগী তেল মপৈ মপৈনা নোংমদোন্দা লৈরিবা ঘটোৎকচদা কম্ন কম্না থাখি ॥৫৬॥ অদুগী তুংদা কর্ণনা ঘটোৎকচগী শগোল ময়ামদুবু, রথ অদুবু মচেৎ মচেৎ তানা থুগাই ককথৎতুনা মথস্থ পাইদুনা লৈরিবা ঘটোৎকচদা কম্ন কম্না থাজিল্লকই ॥৫৭॥ মতম অদুদা ঘটোৎকচগী মশাদা তেন্না পান্দবা খিন্দবা খুদোল অমগী লম ফাওবা অহাংবা লৈখিদ্রে। মতম অদুদা তেন্না পূময়োম য়োমখ্রবা ঘটোৎকচ অসি নোংমদোন্থকতুদা মতু চপ চপ য়ুংনা হৌরবা চাউরবা শবো অমগী মতৌগুম উখি ॥৫৮॥ কর্ণগী তেন্না পূময়োম য়োমখ্রবা ঘটোৎকচগী শগোল রথ ফিবালশিং অথু খাইনা উনখি ॥৫৯॥ মতম অদুদা মায়া হৈরবা ঘটোৎকচ অসিনা কর্ণগী তেল ময়াম অথুবু মাঙহনখিদুনা মায়াগী লাল অমুক তৌবা হৌরকলে ॥৬০॥

মতম অসিদা ঘটোৎকচনা কর্ণগা য়াম্না কন্না শাথিনা মায়াগী বিদ্যানা খেংনবা হৌরকলে।

ভৈমসেনির্মহামায়ো মায়য়া কুরুসত্তম ! । বিচচার মহাকায়ো মোহয়ন্নিব তাবক ! ॥৬২॥
স তু কৃত্বা বিরূপাণি বদনান্যশুভাননঃ । অগ্রসৎ সূতপুত্রস্য দিব্যান্যস্ত্রাণি মায়য়া ॥৬৩॥
পুনশ্চাপি মহাকায়ঃ সংছিন্নঃ শতধা রণে । গতসত্ত্বো নিরুৎসাহঃ পতিতঃ খাদ্দৃশ্যত ॥৬৪॥
তং হতং মন্যমানাঃ স্ম প্রাণদন্ কুরুপুঙ্গবাঃ । অথ দেহৈর্নবৈরন্যৈর্দিক্ষু সর্বাস্বদৃশ্যত ॥৬৫॥
পুনশ্চাপি মহাকায়ঃ শতশীর্ষঃ শতোদরঃ । ব্যদৃশ্যত মহাবাহুর্মৈনাক ইব পর্ব্বতঃ ॥৬৬॥
অঙ্গুষ্ঠমাত্রো ভূত্বা চ পুনরেব স রাক্ষসঃ । সাগরোর্ম্মিরিবোদ্ধূতস্তির্য্যগূর্দ্ধমবর্ত্তত ॥৬৭॥
বসুধাং দারয়িত্বা চ পুনরপ্সু ন্যমজ্জত । অদৃশ্যত তদা তত্র পুনরুন্মজ্জিতোঽন্যতঃ ॥৬৮॥
সোঽবতীর্য্য পুনস্তস্থৌ রথে হেমপরিষ্কৃতে । ক্ষিতিং খঞ্চ দিশশ্চৈব মায়য়াভ্যেত্য দংশিতঃ ॥৬৯॥
গত্বা কর্ণরথাভ্যাসং বিচলৎকুণ্ডলাননঃ । প্রাহ বাক্যমসংভ্রান্তঃ সূতপুত্রং বিশাংপতে ! ॥৭০॥
তিষ্ঠেদানীং ক্ব মে জীবন্ সূতপুত্র ! গমিষ্যসি । যুদ্ধশ্রদ্ধামহং তেঽদ্য বিনেষ্যামি রণাজিরে ॥৭১॥

মতম অদুদা মশক্ ঈউ উহন্দনা কর্ণগী মথক্তা তেপ মপৈ মপৈ হৈথরক্লে ॥৬১॥ মহারাজ ! মতম অসিদা ঘটোৎকচনা মশক্ উহন্দনা কৌরবলাম্মী তেঙ্গোলগী মথক্ত, লাম্মীশিংগী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোকহন্দুনা কোয়পাই পায়রক্লে ॥৬২॥ অদুদগীদি ঘটোৎকচ অসি মায় মচীন চাম চাম—লিশিং লিশিং লোঙথোরক্তুনা কর্ণনা কাপথৎলক্পা তেলশিং অদুবু খুবাম্ খুবাম্ ময়ানা উমুশিন শায়জিনখি ॥৬৩॥ অমুক্ করি উনখিবগে হায়রবু—রাং চাউরবা ঘটোৎকচ অসি কর্ণগী তেন্না শিংগুপশাহুনা মায়া মথা অমা তৌথবা য়াদহুনা, ঈহং নাইহং শানা লৈমায়থক্ত তারক্লে ॥৬৪॥ কৌরবলাম্মী পুমনমক্না ঘটোৎকচ অসি শিরে হায়না খন্নখিহুনা সুংঙাই হরাউবনা সিংহনাদ লাউনখি। অদুবু মহারাজ! ময়াম্না করি অমুক্ উনখিবগে হায়ববু ঘটোৎকচ অসি হান্নগী হকচাংহু থাদোক্তুনা লিন্ন মকু হুবগুম্ অনৌবা মূর্ত্তি অমা তগৎ তগৎতেক্না অমুক্ পুখ্রে ॥৬৫॥ মতম অসিদা মাগী মূর্ত্তি অসি কমদোগে হায়রবু :—মশাহু রাং চাউই; মকোক চাম পাল্লি। মবুক্-মথবাক্ চাম পাল্লি, পাম্বোম্না মায়গৈ পুম্বা খোল্লি। মেংবদা মৈনাক কৌবা চীঙচাউগী মওনি ॥৬৬॥ অদুদগী মীকুপ্ত খুদোনমুক্ত পীকশিনখিহুনা সমুদ্রগী ঈথক্ কুম্না নোংমদোম্থক্তা পাইখৎখি ॥৬৭॥ অদুদগী অমুক্ পাইথরক্পা তুংদা লৈম্নুংদা-লৈম্নুংগী ঈশিংদা লূপখি। অদুদগীম্ মাঙথোকখিহুনা অমরোমদা কাওদোক্তুনা মকোক্ অমুক্ থিনগৎলক্ই ॥৬৮॥ ঘটোৎকচনা মাগী মায়ানা, লালগী ফিজোল পুম্বা শেৎচাহুনা অমুকম্ নোংমদোম্বা, অমুকম্ ঈশিংদা, লৈখাদা খাদা অরাংদা অস্তুম্ তৌনা সনা হৎলবা রথ অমদা অমুক্ তোংথৎতুনা মকম অমদগী অমদা কোয়োয়ৌনা হংগৎহন্দা চৎলক্লে ॥৬৯॥ মহারাজ ! অমুকম্ করিমত্তা থোশাদনা, মীপাইবা লৈতনা কর্ণগী রথগীমথক্ত চঙশিন্নক্তুনা রা খরা হায়রৈ। মতম অদুদা কর্ণগী কুণ্ডল নাইনহু কেৎ কেৎ গাইখি ॥৭০॥ ঘটোৎকচনা করি হায়রবগে হায়রবু :—"সূতগী

ইত্যুক্ত্বা রোষতাম্রাক্ষং রক্ষঃ ক্রূরপরাক্রমম্। উৎপপাতান্তরীক্ষঞ্চ জহাস চ সুবিস্বরম্
কর্ণমভ্যহনচ্চৈব গজেন্দ্রমিব কেশরী ॥৭২॥
রথাক্ষমাত্রৈরিষুভিরভ্যবর্ষদ্ঘটোৎকচঃ। রথিনামৃষভং কর্ণং ধারাভিরিব তোয়দঃ।
শরবৃষ্টিঞ্চ তাং কর্ণো দূরাৎ প্রাপ্তামশাতয়ৎ ॥৭৩॥
দৃষ্ট্বা চ বিহতাং মায়াং কর্ণেন ভরতর্ষভ!। ঘটোৎকচস্ততো মায়াং সসর্জান্তর্হিতঃ পুনঃ।৭৪।
সোহভবদ্গিরিরত্যুচ্চঃ শিখরৈস্তরুসঙ্কটঃ। শূলপ্রাসাসিমুষলজলপ্রস্রবণো মহান্ ॥৭৫॥
তমঞ্জনচয়প্রখ্যং দৃষ্ট্বা কর্ণো মহীধরম্। প্রপাতৈরায়ুধান্যুগ্রাণ্যুদ্বহন্তং ন চুক্ষুভে ॥৭৬॥
স্ময়ন্নিব ততঃ কর্ণো দিব্যমস্ত্রমুদৈরয়ৎ। ততঃ সোহস্ত্রেণ শৈলেন্দ্রো বিক্ষিপ্তো বৈ ব্যনশ্যত ॥৭৭॥
ততঃ স তোয়দো ভূত্বা নীলঃ সেন্দ্রায়ুধো দিবি। অশ্মবৃষ্টিভিরত্যুগ্রঃ সূতপুত্রমবাকিরৎ ॥৭৮॥
অথ সন্ধায় বায়ব্যমস্ত্রমস্ত্রবিদাং বরঃ। ব্যধমৎ কালমেঘং তং কর্ণো বৈকর্ত্তনো বৃষঃ ॥৭৯॥

---

মচা! খাওভ্ নংগসি। নহাক হিংন হিংনদি ওসি ঐগী ঈথুক্তী লান্থোক্পা য়ারোই। ওসদি নংগী লাল্ পাম্বা আশাদো মুৎথৎলগনি" ॥৭১॥ রাগৈ থরা অসি হায়রমলগা শাউবনা মমীত্ত ঈ কায়বা ঘটোৎকচ অসি নোংমদোনথক্তা অমুক্ হাইগৎখি। মথক্তগী ফাক্-ফাক্ নোকতুনা হাইথরক্লগা নোংশানা শামুদা পাইশিল্লকপা অত্নগুম্না পাচীশল্লকতুনা কর্ণদা কন্না থাজিনখি ॥৭২॥ মতুং অত্নদা; বর্ষাদা নোংগী ধারা মপৈ মপৈ নোংমদোন্দগী হৈথরকপা অত্নগুম্না অমমম্ন: রথগী মচাং চাকলেন-চাকলেনমুক চাউরবা শাংলবা চাউরবা তেলশিং অত্ন কর্ণগী মথক্তা হৈথবকলে। কর্ণস্ত তেল ময়াম্ অত্ন অত্নম্বা শক্তিনা ওাকথোকল্লম্মি ॥৭৩॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ! ওহাক লৈরগা কর্ণনা ঘটোৎকচগী মায়াত্নবুম্ন মাওহনখ্রবা তুংদা ঘটোৎকচনা অনৌবা ময়া অমমুক পুথোরকলে ॥৭৪॥ মহাকমপামক থুদক্ত মাওথোক খত্নুনা উ-রানা পীকপম্রা হৌরবা মহাপ যাম্না লোওসবা চীঙচাউ অম ওইখ্রে। চীঙ অত্নদগী ঈশং চাইবী চেম্মুরকপগুম্ খাণ্ডা-গদা য়োচ্ছুক নুংগুকনচিংবা খুৎলায়শিং মরী মরী ঈচেল্ তংপা তৌদনা ওরোরোরো কর্ণগী মথক্তা তারকলে ॥৭৫॥ কাজল মপৈগুম্ গুরবা চীঙগী মশক্ লৌগ্রবা ঘটোৎকচনা জলপ্রপাতকী মতৌগুম্না খুৎলায় ময়াম্ হৈগরকপত্নদা কর্ণ অসি থোইদোক্লা কিক্রবা মিপাইক্রবা লৈতে ॥৭৬॥ কিবদি লায়রত্নুনা মীচম্না খওদহৈতবা খুৎলায়মক্ত পুথোরকতুনা কর্ণনা ঘটোৎকচদা কাপশিনবা হৌরকলে। তেল্শিং অত্নুনা চীঙগুম্না ঘটোৎকচগী মায়াগী মুর্ত্তি অত্ন মকুপতানা থুগাইখি ॥৭৭॥ অত্নগী তুংদা ঘটোৎকচনা নোংথাং চুমথাংগা লোয়ননা নোংগী মশক লৌত্নুনা কর্ণগী মথক্তা নোং মতুম্ অমমম্না নুংত্নম্ নুংত্নম্মুক্ চাউনা অতৎ অথম্ লৈতনা হৈথরকলে ॥৭৮॥ অত্নগী তুংদা, অস্ত্রশাস্ত্র পুম্না হৈরখওসবা বিকর্ত্তননন্দন, মাগী মমিং অতোপ্পা বৃষ হায়রম্ন কৌবা কর্ণনা বায়ব্যাস্ত্র

স মার্গণগণৈঃ কর্ণো দিশঃ প্রচ্ছাদ্য সর্ব্বশঃ। অদর্শয়ন্মহাবীর্য্যো ঘটোৎকচসমীরিতম্ ॥৮০॥
ততঃ প্রহস্য সমরে ভৈমসেনির্ম্মহাবলঃ। প্রাদুশ্চক্রে মহামায়াং কর্ণ প্রতি মহারথম্ ॥৮১॥
স দৃষ্ট্বা পুনরায়ান্তং রথেন রথিনাং বরম্। ঘটোৎকচমসংভ্রান্তং রাক্ষসৈর্বহুভির্বৃতম্ ॥৮২॥
সিংহশার্দ্দূলসদৃশৈর্মত্তমাতঙ্গবিক্রমৈঃ। গজস্থৈশ্চ রথস্থৈশ্চ বাজিপৃষ্ঠগতৈস্তথা।
নানাশস্ত্রধরৈর্ঘোরৈর্নানাকবচভূষণৈঃ ॥৮৩॥
বৃতং ঘটোৎকচং ক্রূরৈর্মরুদ্ভিরিব বাসবম্। দৃষ্ট্বা কর্ণো মহেষ্বাসো যোধয়ামাস রাক্ষসম্ ॥৮৪॥
(বিশেষকম্)
ঘটোৎকচস্ততঃ কর্ণং বিদ্ধ্বা পঞ্চভিরাশুগৈঃ। ননাদ ভৈরবং নাদং ভীষয়ন্ সর্ব্বপার্থিবান্ ॥৮৫॥
ভূয়শ্চাঞ্জলিকেনাথ সমার্গণগুণং মহৎ। কর্ণহস্তস্থিতং চাপং চিচ্ছেদাশু ঘটোৎকচঃ ॥৮৬॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় দৃঢ়ং ভারসহং মহৎ। বিচকর্ষ বলাৎ কর্ণ ইন্দ্রায়ুধমিবোচ্ছ্রিতম্ ॥৮৭॥
ততঃ কর্ণো মহারাজ। প্রেষয়ামাস সায়কান্। সুবর্ণপুঙ্খান্ শত্রুঘ্নান্ খচরান্ রাক্ষসান্ প্রতি ॥৮৮॥
তদ্বাণৈরর্দ্দিতং যূথং রক্ষসাং পীনবক্ষসাম্। সিংহেনেবার্দ্দিতং বন্যং গজানামাকুলং কুলম্ ॥৮৯॥

---

[সু'শিৎকী তেল] না ঘটোৎকচনা ওইরিবা মুরবা নোং মতুম্ অদু মাঙহনখি ॥৭৯॥ মহারাজ! মতুংদা কর্ণনা তেল খুলায় মখল মখল্লা মায়কৈ পুম্বা পুমকুপ কুপশিন্না ঘটোৎকচনা কাপথরকপা তেল ময়াম্ অদু ককথৎখি ॥৮০॥

মতম্ অদুদা ঘটোৎকচনা নোঙ্গ নোঙ্গ কর্ণগী রথগী মথক্তা ওস্নোকপা মায়াগী বিদ্যা অম শীজিন্নখি ॥৮১॥ রথি অখোইবা ঘটোৎকচ অসি চাউরবা রথ অমদা হেক তোংথৎপা ওইনা তৌই। অদুদগী হিংচাবা লান্মীশিংনা পুমকোয় কোয়শিন্দুনা; লাইরাম্ন কোয়শিল্লবা ইন্দ্রনা লাঞ্জংবগুম্না হেক চওঙকই। মতম্ অদুদা কৈ-নোংশাগী মতোঙগুম্না মরিল লৈরবা, ময়ায় কারবা শামুগুম্ মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা, শগোলতোংবা, শামুতোংবা মখল মখলগী খুৎলায় পায়রবা, লালকুরিৎ মখল্ মখল্ শীৎলবা, লৈতেং মখল্ মখল্ শেৎচারবা অকিবমিপাইবা পোক্সনবগী মূর্ত্তি পুরবা হিংচাবলান্মীশিংশু মশীং নাইদনা হেক্‌হেক্ খোরকই। মতম অদুদা অকন্‌বা, মরিল লৈরবা কর্ণনা মখোয়দুগা শোক্সবা চৌখি ॥৮২—৮৪॥ মতম অদুদা ঘটোৎকচনা খোরবা স্নোংকী তেল মঙানা খারবা কৌরবপক্কগী নিংথৌলান্মীশিংদা অকিবা মিপাইবা পোকহন্দুনা খোঙ্গেল হৌনা ওংওক্‌ই ॥৮৫॥ মতম অদুদা ঘটোৎকচনা অঞ্জালিক কৌবা তেল অম কাপশিল্লক্‌না কর্ণগী তেল অদু লীরৌপা লোয়ননা কক্‌থৎখি ॥৮৬॥ অতোগী তুংদা কর্ণনা লীরুং অম খাদোক্‌না নোংমদোনথক্ত হাইগৎলকপ চুমথাঙগী মতোঙগুম্বা লীরুং অম পায়খত্‌না লীরিবু নাকোং মরু কংনা চিংখি ॥৮৭॥ মহারাজ! কর্ণনা মতম অদুদা সনানা তেম্না পানবা খোরবা তেল মপেমপেনা ঘটোৎকচগী হিংচাবা লান্মীশিং অদুদা কল্লকল্লা খারকই ॥৮৮॥ মখবাক কল্লবা পাক্সবা, অকিবগী মশক কংলথা

বিধম্য রাক্ষসান্ বাণৈঃ সাশ্বসূতগজান্ বিভুঃ । দদাহ ভগবান্ বহ্নির্ভূতানীব যুগক্ষয়ে ॥৯০॥
স হত্বা রাক্ষসীং সেনাং শুশুভে সূতনন্দনঃ । পুরেব ত্রিপুরং দগ্ধ্বা দিবি দেবো মহেশ্বরঃ ॥৯১॥
তেষু রাজসহস্রেষু পাণ্ডবেয়েষু মারিষ ! নৈনং নিরীক্ষিতুমপি কশ্চিচ্ছক্নোতি পার্থিব ! ॥৯২॥
ঋতে ঘটোৎকচাদ্রাজন্ ! রাক্ষসেন্দ্রান্মহাবলাৎ । ভীমবীর্য্যবলোপেতাৎ ক্রুদ্ধাদ্বৈবস্বতাদিব ॥৯৩॥
(যুগ্মকম্)

তস্য ক্রুদ্ধস্য নেত্রাভ্যাং পাবকঃ সমজায়ত । মহোল্কাভ্যাং যথা রাজন্ ! সার্চিষঃ স্নেহবিন্দবঃ ॥৯৪॥
তলং তলেন সংহত্য সংদশ্য দশনচ্ছদম্ । রথমাস্থায় চ পুনর্মায়য়া নির্ম্মিতং তদা ॥৯৫॥
যুক্তং গজনিভৈর্বাহৈঃ পিশাচবদনৈঃ খরৈঃ । স সূতমব্রবী ক্রুদ্ধঃ সূতপুত্রায় মাং বহ ॥৯৬॥
(যুগ্মকম্)

স যযৌ ঘোররূপেণ রথেন রথিনাং বরঃ । দ্বৈরথং সূতপুত্রেণ পুনরেব বিশাংপতে ! ॥৯৭॥
স চিক্ষেপ পুনঃ ক্রুদ্ধঃ সূতপুত্রায় রাক্ষসঃ । অষ্টচক্রাং মহাঘোরামশনীং রুদ্রনির্ম্মিতাম্ ॥৯৮॥

---

হিংচাবশিং অহ্ন কর্ণগী তেন্না পানবদা থাওবা ওমদহুনা নোংমথক্তন নৈহৎলকপা শান্‌ মন্নামগী মত্তৌঙন্না হুবিল (বিভুলা) ওইরকলে। বিভুলা চুরে, তৌকম থওক্রে ॥৮৯॥ শক্তি লৈরবা কর্ণনা অহানব কাপ্প তেল মন্নাম্না হিংচাবশিংদুবু নৈহৎলগা অকোনবা কাপ্প তেল মন্নাম-মন্নাম্ অহুনা মখোয়বু প্রলয়গী মৈনা চাক্‌থেক্‌হনবগুম্ তেলশিং অহুনা চাক্‌থেক্‌হল্লকলে ॥৯০॥

মমাঙ্গেদা মহাদেবনা ত্রিপুরাসুর হাৎলবা তুংদা থোইদোক্না নীঙথিবা ফজবা ওইবহুগুম্না কর্ণসু হিংচাবশিং অহুবু হাৎলবা তুংদা থোইদোক্না ফজথি ঙাম্মেইখি ॥৯১॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ ! শাউরবা যমরাজগী মশক ওইরবা মতীক মগুণ চাউরবা মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা ঘটোৎকচ মহাক মথক্ত নত্তনা, অতৈ অতৈ পাণ্ডব পক্ষগী লৈরিবা অকনবা লাম্মী লিশিং লিশিং অহুগী মনুংদা কনা অমত্তনা কর্ণরোমদা হঙৎনা য়েংবা ঙমখিদ্রে ॥৯২-৯৩॥ মহারাজ ! মতম অদুদা চাউরবা মৈনুল অনীদগী চোংথোরকপা মৈরিগ লোয়নবা থাউ মন্নীককী মত্তেঙন্না, শাউরবা ঘটোৎকচগী লাওরবা মমীৎ অনীদগী মৈরি পরেং পরেং কাপথোরকই ॥৯৪॥ মতম অদুদা শাউরবা ঘটোৎকচনা, খুবাক্ পোপ্ পোপ্ ফূদুনা, মচীনবান্ থকথা ক্রককক্রক্ চীকতুনা, মশাদি শামুমুক চাউবা, মন্নানা হিংচাবগী মন্না পানবা, গাধা [লোলা] অমনচিংবা মায়াগী চাউরবা রথ অমদা তোংখৎলগা সারথিদা হায়রকই :—সারথি ! হৌজিমক্ ঐবু কর্ণগী নাক্‌তান্না পুশিল্লু ॥৯৫-৯৬॥ অদুদগীদি মহারাজ ! ঘটোৎকচনা মায়াগী রথ অদুদা তোংদুনা চঙ্‌শিনখিদুনা মুখা মুথি ওইনা রথ অমমমদা তোংত্তনা শোক্লবা দ্বৈরথ কৌবা লাল্ শোক্লবদা ঘটোৎকচ কর্ণ অনী অসি কন্না থেংনরকলে ॥৯৭॥ অদুদগী ঘটোৎকচনা থোইদোক্না শাউবগা লোয়ননা রুদ্রনা শাবা (পীবা), চক্র নিপান্ পানবা অকিবগী মশক্ ওইরবা বজ্র অম পায়থত্তুনা কর্ণরোমদা লাকতুনা লংশিল্লকই বজ্র অহু মরেপ্তা খুদুপ অমনি, মন্নাক্ মন্নুংদা খুদুপ ভংখাই ভংখাইনি

বিরোচনসমুৎসেধাং রোচনায়ামবিক্রমাম্। আয়সীং নিচিতাং শূলৈঃ কদম্বমিব কেশরৈঃ ॥৯৯॥
(যুগ্মকম্)

তামবপ্লুত্য জগ্রাহ কর্ণো ন্যস্য মহদ্ধনুঃ। চিক্ষেপ চৈনাং তস্যৈব স্যন্দনাৎ সোঽবপুপ্লুবে ॥১০০॥

সাশ্বসূতধ্বজং যানং ভস্ম কৃত্বা মহাপ্রভা। বিবেশ বসুধাং ভিত্ত্বা সুরাস্তত্র বিসিস্মিয়ুঃ ॥১০১॥

কর্ণন্তু সর্ব্বভূতানি পূজয়ামাসুরঞ্জসা। যদবপ্লুত্য জগ্রাহ দেবসৃষ্টাং মহাশনীম্ ॥১০২॥

এবং কৃত্বা রণে কর্ণ আরুরোহ রথং পুনঃ। ততো মুমোচ নারাচান্ সূতপুত্রঃ পরন্তপঃ ॥১০৩॥

অশক্যং কর্ত্তুমন্যেন সর্ব্বভূতেষু মানদ।। যদকার্ষীত্তদা কর্ণঃ সংগ্রামে ভীমদর্শনে ॥১০৪॥

স হন্যমানো নারাচৈর্ধারাভিরিব পর্ব্বতঃ। গন্ধর্বনগরাকারঃ পুনরন্তরধীয়ত ॥১০৫॥

এবং স বৈ মহামায়ো মায়য়া লাঘবেন চ। অস্ত্রাণি তানি দিব্যানি জঘান রিপুসূদনঃ ॥১০৬॥

নিহন্যমানেষ্বস্ত্রেষু মায়য়া তেন রক্ষসা। অসংভ্রান্তস্তদা কর্ণস্তদ্রক্ষঃ প্রত্যযুধ্যত ॥১০৭॥

ততঃ ক্রুদ্ধো মহারাজ! ভৈমসেনির্মহাবলঃ। চকার বহুধাত্মানং ভীষয়াণো মহারথান্ ॥১০৮॥

---

কদম [কোদোম] মহৈ [মপান]দা লৈরিকনা পূমকুপ কুপ্পহুগুয়া বজ্র অদু য়োংকী তিংখং [য়োংগী]না পূম্থন থম্না কূপাখি ॥৯৮-৯৯॥ মতম অদুদা কর্ণনা মাগী চাউরবা লীকং অদু রথ মথক্তা থম্দুনা রথদগী চোংথদুনা বজ্র অদুবু কায়। কারণ অমুক ঘটোৎকচ তম্না লংশিন্নকৃই। মতম অদুদা ঘটোৎকচ অসি মাগী রথ মথক্তগী কল চেক্ চোংথৈ ॥১০০॥ মতম অহিদা মৈরিখোক্না চাকৃলবা মশেক মঙান কল্লবা বজ্র অদুনা হঞ্জিনখিদুনা ঘটোৎকচগী শগোল সারথি, অদুগা কিয়ালগা লোয়নবা রথ অদুবু উকুল তানা থুদেকলম্লগা লৈপুংদা চঙখি ॥১০১॥ মতম অদুদা কর্ণস্তু মহাবজ্র অম পায়দুনা ঘটোৎকচদা লাকতুনা লংশিন্নকই। মাদু উবদা অউবমথৈনা কর্ণবু হুম্না হুম্না থাগৎখি ॥১০২॥

অমুম্না অগুকপা থবক্ অসি তৌরম্লগা কল্লবা কর্ণাসি মাগী রথ অদুদা চোংথৎখিদুনা ঘটোৎকচকী মথক্ত য়েৎতুম্ মচীনশাবা তেলগী মপৈ মপৈ হৈথবা হৌখি ॥১০৩॥ ঈকায়খুম্নবা য়াবা মীশক্ত ঈকায়খুম্নবিবা মহারাজ! ঘটোৎকচগা শোক্লবা লাঙ্গাও অসিদা কর্ণনা তৌগ্রিবা অসিগুম্বা অগুকপা থবক্শিং অসি কনা অমতনা তৌবা ঙম্মরোইদোবনি ॥১০৪॥ তেম্না নোংচুবগুম্ হৈথরক্লবা মতম অসিদা ঘটোৎকচ অসি গন্ধর্ব্বনগর (বিমান)গী মতৌগুম্না নোংমদোঙ্ক্ত মশক্ উদমথৈ পাইথৎখ্রে ॥১০৫॥ অদুদগী মায়া হৈরবা, য়েক্লবা ঙমগনবা ঘটোৎকচ অসি মাগী মায়া অমাদি মখুৎথুবা অনীসিগী পাম্বৈনা কর্ণনা কাপথৎলকৃপা তেল মথৈ খিংদুনা পমখি ॥১০৬॥ হিংচাবা অসিনা মায়াগী পাম্বৈনা কর্ণনা কাপখিবা তেলমথৈ অরেম্বদা ভাহল্লকাওবদা কর্ণনা অকিবা হন্‌বা তৌদনা, খোঙকম্ লেঙদনা ঘটোৎকচগা মুখামুখি লেংনরি ॥১০৭॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা অউবা মীশিংগী অদুগা কৌরবলাম্মী পুম্বগী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোক্হন্দুনা

ততো দিশঃ সমাপেতুঃ সিংহব্যাঘ্রতরক্ষবঃ । অগ্নিজিহ্বাশ্চ ভুজগা বিহগাশ্চাপ্যয়োমুখাঃ ॥১০৯॥
স কীর্য্যমাণো বিশিখৈঃ কর্ণচাপচ্যুতৈঃ শরৈঃ । নগরাড়িবনপ্রধর্ষ্যস্তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥১১০॥
রাক্ষসাশ্চ পিশাচাশ্চ যাতুধানাস্তথৈব চ । শালাবৃকাশ্চ বহবো বৃকাশ্চ বিকৃতাননাঃ ॥১১১॥
তে কর্ণং ভক্ষয়িষ্যন্তঃ সর্ব্বতঃ সমুপাদ্রবন্ । অথৈনং বাগ্ভিরুগ্রাভিস্ত্রাসয়াঞ্চক্রিরে তদা ॥১১২॥
উদ্যতৈর্বহুভির্ঘোরৈরায়ুধৈঃ শোণিতোক্ষিতৈঃ । তেষামনেকৈরেকৈকং কর্ণো বিব্যাধ সায়কৈঃ ॥১১৩॥
(যুগ্মকম্)

প্রতিহত্য তু তাং মায়াং দিব্যেনাস্ত্রেণ রাক্ষসীম্ । আজঘান হয়ানস্য শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ॥১১৪॥
তে ভগ্না বিকৃতাঙ্গাশ্চ ছিন্নপৃষ্ঠাশ্চ সায়কৈঃ । বসুধামন্বপদ্যন্ত পশ্যতস্তস্য রক্ষসঃ ॥১১৫॥
স ভগ্নমায়ো হৈড়িম্বঃ কর্ণং বৈকর্ত্তনং তদা । এষ তে বিদধে মৃত্যুমিত্যুক্ত্বান্তরধীয়ত ॥১১৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে কর্ণঘটোৎকচযুদ্ধে একপঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:(0):——

---

ঘটোৎকচনা মাগী মশাবু মশীং লাকওম্দনা মওং কয়ামুক থোক্লা পুথোকখি। ঘটোৎকচগী মূর্ত্তি ময়াম্ অদু অশাউবনা লোইনা মমীত্ত ঈ কায় ॥১০৮॥ নোংশা-কৈ-কৈজেংলাং-ময়াদগী মৈরি কামথোকপা লিল; য়োংকী মচীন পানবা উচেক্ জাং জাং,—মথোয় অসি মায়গৈ মহিদগী চেপশিল্লকই ॥১০৯॥ কর্ণগী লীরুংদগী পাইথোরকপা তেল্ ময়াম্না কল্লা কল্লা থারকপদা ঘটোৎকচগী মূর্ত্তি ময়াম্ অসি, মিত্রং তৌবা মীনা উৎলম্বা, নগর, বন, চীঙনচিংবনা মীকুপ্ত মাঙখিবহুত্তুম্না লোইনা মাঙথোকখ্রে ॥১১০॥ মাঙখ্রবা তুং অসিদা হিংচাবা অচৌবা মচাগী জাং জাং, ময়া কাথোকপা খিগৎপা ভূত-প্রেত অহুগা কৈ-কৈশাল-হুই-অসিনচিংবা অসি অকিবা মূর্ত্তি পূর পূরহুনা লালকম্দা চোংথোরকই ॥১১১॥ মথোয় অসি কর্ণবু চাথোকলুরসি হায়বগী মওংদা খিগৎহুনা লাউথোংহুনা কর্ণ তম্না ফুজিল্লকই। অদুগী তুংদা হিংচাবা পিশাচ-ভূত-প্রেত কয়া কয়ানা মখয়াত্তু ঈনা পূমতৈ তৈত্থনা, অয়াকপা থীরবা থোম্থাংদা কর্ণবু চৈর চৈরহুনা, খোংল-ঙংলহুনা চেনশিল্লকই। মথোয় অসিনা পোথাকম্ থঙহল্লম্দে। অদুদগী কর্ণনা মথোয়সিগী অমমম্বু তোঙাল তোঙাম্না থোর খোরবা তেম্না থাখি। ॥১১২-১১৩॥ মতৌ অম্সুম্না কর্ণনা থোরবা, লাইগী তেল মকতনা তিংচাবগী মায়া অদু কক্থত্তুনা মাঙহল্লগা, তেল মপৈ অমনা ঘটোৎকচগী শগোললাশং অদুদা থাখি ॥১১৪॥ কর্ণগী তেম্না পানবদা, মথোং মথুৎ তেকলবা, মশাহোপাই খিনগাইরবা; ঈহং নাইং শারবা শগোললাশং অদু লৈমাথথক্তা তুহনখি ॥১১৫॥ মায়াদুবু মাঙহনখ্রবদা থোইনা শাউরবা ঘটোৎকচ অসি—"কৈ নংবু লোইশন্নবা তৌরগে" অসি হায়রম্লগা ঘটোৎকচ অসি কর্ণগী মমাঙদগী থুনাহেক্ মাঙথোকখি ॥১১৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা ঘটোৎকচবধগী মনুংদা কর্ণঘটোৎকচযুদ্ধগী চাময়াথোমাথোইত্তুবা অধ্যায় লোইয়ে ॥×॥

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বিপঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

### চাময়াখৈনিথোইশুবা অধ্যায়

( অলায়ুধনা লাঞ্জংবা )

সঞ্জয় উবাচ ।

তস্মিংস্তথা বর্ত্তমানে কর্ণরাক্ষসয়োর্যুধে । অলায়ুধো রাক্ষসেন্দ্রো বীর্য্যবানভ্যবর্ত্তত ।১।
মহত্যা সেনয়া যুক্তো দুর্য্যোধনমুপাগমৎ । রাক্ষসানাং বিরূপাণাং সহস্রৈঃ পরিবারিতঃ ।
নানারূপধরৈর্বীরৈঃ পূর্ব্ববৈরমনুস্মরন্ ।২।
তস্য জ্ঞাতির্হি বিক্রান্তো ব্রাহ্মণাদো বকো হতঃ । কির্ম্মীরশ্চ মহাতেজা হিড়িম্বশ্চ সখা তথা ।৩।
স দীর্ঘকালাধ্যুষিতং জ্ঞাতিবৈরমনুস্মরন্ । বিজ্ঞায় তন্নিশাযুদ্ধং জিঘাংসুর্ভীমমাহবে ।৪।
স মত্ত ইব মাতঙ্গঃ সংক্রুদ্ধ ইব চোরগঃ । দুর্য্যোধনমিদং বাক্যমব্রবীদ্যুদ্ধলালসঃ ।৫।
বিদিতং তে মহারাজ! যথা ভীমেন রাক্ষসাঃ । হিড়িম্ববককির্ম্মীরা নিহতা মম বান্ধবাঃ ।৬।

---

**সঞ্জয়না হায় ঃ**—মহারাজ। কর্ণগা ঘটোৎকচগা অসুম্না শোক্লরিবৈ মতম্দা অলায়ুধ হায়বচু কুরুক্ষেত্র লালকম্সিদা হেক লাকই। মহাক্ অসি; য়াম্না কাহেন্না কল্লবা হিংচাবা অমনি ॥১॥ মহাক্ অসি; মমাঙৈদা বনবাসগী মতম্দা ভীমনা হাৎখিবা কির্ম্মীর কৌবা হিংচাবা অতুগী, অতুগা হিড়িম্বগী চান্নথ্রবা মরুপনি। অতুনা মমাংঙৈগী মলোম্ শিক্রেতা। অহুদগী অশাউবগা লোয়ননা হিংচাবা লাল্মী লিশিং লিশিংনা কোয়শিল্লতুনা লাউ খোংলতুনা দুর্য্যোধনগী মতেং পাংগনি হায়তুনা চঙশিল্লকই ॥২॥ মখোয়সিনা অসুক্ য়াম্না শাউথ্রিবসিগী মরমদি ঃ—অলায়ুধ হায়বা হিংচাবসিগী শাগৈ ওইবা য়াম্না কল্লবা, ব্রাহ্মণত হাৎলগা চাবা বক, অতুগা তেজ লৈরবা কির্ম্মীরবু অতুগা অলায়ুধ হায়রিবাসগী মরূপ হিড়িম্ববু ভীমনা হাৎখিবতুগী নুংঙাইতবা অসিতনি। অতুনা, অলায়ুধনা ভীমবু হাৎকে হায়না খন্থিদুনা দুর্য্যোধনগী নাক্ত লাকখিবনি ॥৩॥ অলায়ুধনা, মতম্ কুইনদগী শীংতুনা লাক্লবা, কাউবা ঈয়া য়াদ্রবা শক্রেতা অতুবু চম্থোক্লগে, ওন্নগা ভীমবু হাৎকে হায়বগী য়াখল্লা, অতুগা কুরুক্ষেত্রদা অহিংগী লাঞ্জাও অম ভীমগী পক্ষগা শোক্লরি হায়বতু তাবদা, ভীমবু মহাৎলুরগে হায়না খন্খিবনি ॥৪॥ মরম্ অতুনা অলায়ুধনা ময়ায় কারবা শামুগুম্, মচুপুরবা লিলগুম্ চঙ্শিল্লক্লনা দুর্য্যোধনদা অসুম্না হায়রৈ ঃ—॥৫॥ মহারাজ! মহারাজনা তাবি খঙ্বিরম্বা

পরাক্রান্তশ্চ বলবান্ হিড়িম্বায়াঃ সুতঃ প্রভো । কির্ম্মীরবকজম্ভানামন্তকশ্চ পরিশ্রুত হি ।৭।
তমহং সগণং রাজন্ । সবাজিরথকুঞ্জরম্ । হৈড়িম্বঞ্চ সহামাত্যং হন্তুমভ্যাগতঃ স্বয়ম্ ।৮।
অদ্য কুন্তীসুতান্ সর্ব্বান্ বাসুদেবপুরোগমান্ । হত্বা সংভক্ষয়িষ্যামি সর্ব্বৈরনুচরৈঃ সহ ।
নিবারয় বলং সর্ব্বং বয়ং যোৎস্যাম পাণ্ডবান্ ।৯।
তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা হৃষ্টো দুর্য্যোধনস্তদা । প্রতিগৃহ্যাব্রবীদ্বাক্যং ভ্রাতৃভিঃ পরিবারিতঃ ।১০।
ত্বাং পুরস্কৃত্য সগণং বয়ং যোৎস্যামহে পরান্ ! ন হি বৈরান্তমনসঃ স্থাস্যন্তি মম সৈনিকাঃ ।১১।
এবমস্ত্বিতি রাজানমুক্ত্বা রাক্ষসপুঙ্গবঃ । অভ্যয়াত্ত্বরিতো ভৈমিং সহিতঃ পুরুষাশনৈঃ ।১২।
দীপ্যমানেন বপুষা রথেনাদিত্যবর্চ্চসা । তাদৃশেনৈব রাজেন্দ্র ! যাদৃশেন ঘটোৎকচঃ ।১৩।
( যুগ্মকম্ )
তস্যাপ্যতুলনির্ঘোষো বহুতোরণচিত্রিতঃ । ঋক্ষচর্ম্মাবনদ্ধাঙ্গো নল্বমাত্রো মহারথঃ ।১৪।
তস্যাপি তুরগাঃ শীঘ্রা হস্তিকায়াঃ খরস্বনাঃ । শতং যুক্তা মহাকায়া মাংসশোণিতভোজনাঃ ।১৫।

---

য়াই। ভীমনা মমাঙৈদ। ঐগী মরূপ হিড়িম্ববু অদুগা বক-কিম্মীরবুসু হাৎথি হায়বাস ॥৬॥ মতম্ অদুগী থোদোকৃতু করি অমুক হায়গনি মহারাজ!—"ভীম হায়বদুনা ঐখোয় পূম্নমকপু উশিৎ-থোঙইদদুনা, কস্য হিড়িম্বাবু নম্‌দ্রনা পুখি ॥৭॥ অদুনা মহারাজ! মাগী শাগৈ-নাতৈ মরূপ্-মপাং শগোল শামু খোঙমী লাম্মীশিংগা লোয়ননা ভীমবু অদুগা মাগী খোঙলোয় লাম্মীগা লোয়ননা মচানিপা ঘটোৎকচবুসু হাৎকে হায়দুনা ঐ মহারাজগী নাক্ত চঙজরক্ল ॥৮॥ মহারাজ! ঐ ভসি কৃষ্ণবু অদুগা কুন্তীগী মচা পাণ্ডবশিংবুসু মথ্‌ৰাই লৌরগা চাজগে। অদুনা মহারাজনা মহারাজগী কৌরব লাম্মীশিং অসিবু অমুক্ত কৌশিল্‌বিয়ু। ঐ ইখন্তগা পাণ্ডবলাম্মীশিংসিগা থেংনগে, কৃষ্ণে য়েংবিয়ু" ॥৯॥ মনাওশিং ঈকোয় কোয়াশল্লবা দুর্য্যোধননা অলায়ুধগী ৱাসি তাবদা থোইদোক্লা হরাউ-নুঙাইখিদুনা মহাক্লা হায়ররিবদু য়াদুনা অসুম্না হায়রকই :—॥১০॥

"হিংচাবা অথোইবা! ঐনা ঐগী খোঙলোয় লাম্মীশিংগা নহাকপু মাঙথানা পুদুনা য়েক্লব-শিংগা শোক্লগে। ঐগী লান্দা চঙখ্রিবা লাম্মীশিংসে ঐনা তৌজিক্ কৌশিনবা য়াদে। মরম্‌দ মখোয়সিনসু ভসিমক্ ঐগী য়েক্লবমখাক্‌শিং অসি লোইপোক্লনি হায়রি। অদুনা মখোয়বু ঐ থামজিন-বসু পামদে" ॥১১॥ "করে, অদু ওইরবসু" অসি হায়দুনা অলায়ুধ হায়বহিংচাবা অসি মাগী লাম্মী-শিংগা লোয়ননা ঘটোৎকচ তম্না চঙশিনখি। নিংথৌ অথোইবা! মতম অসিদা ঘটোৎকচনা তোংলিবা কজরবা রথ অদুগা চপ্ মান্নবা, নুমিৎকী তেজ পুরবা রথ অমদা অলায়ুধ হায়রিবা হিংচাবা অসি তোংলবনি ॥১২-১৩॥ অলায়ুধগী রথ অসি হায়নীভঙাই লৈতনা মখোল থোক্লই। রথ অদুগী অকোয়বদা শওম মউন্না পূমকোয়কোয় মরাক ময়ুংদা খুদুপ চাম-চামনি। খোঙসু য়ায় কাৎলি ॥১৪॥ মখোঙ য়াঙলবা, অমময়া শামু শামুমুক্ চাউবা, মখোন্দ শাধানা খোঙঙম্বা,

তস্যাপি রথনির্ঘোষো মহামেঘরবোপমঃ। তস্যাপি সুমহচ্চাপং দৃঢ়জ্যং কনকোজ্জ্বলম্ ॥১৬॥
তস্যাপ্যক্ষসমা বাণা রুক্মপুঙ্খাঃ শিলাশিতাঃ। সোঽপি বীরো মহাবাহুর্যথৈব স ঘটোৎকচঃ ॥১৭॥
তস্যাপি গোমায়ুবলাভিগুপ্তো বভূব কেতুর্জ্বলনার্কতুল্যঃ।
স চাপি রূপেণ ঘটোৎকচস্য শ্রীমত্তমো ব্যাকুলদীপিতাস্যঃ ॥১৮॥
দীপ্তাঙ্গদী দীপ্তকিরীটমালী বদ্ধস্রগুষ্ণীষনিবদ্ধখড়্গঃ।
গদী ভুশুণ্ডী মুষলী হলী চ শরাসনী বারণতুল্যবর্ষ্মা ॥১৯॥
রথেন তেনানলবর্চ্চসা তদা বিদ্রাবয়ন্ পাণ্ডববাহিনীং তাম্।
ররাজ সংখ্যে পরিবর্ত্তমানো বিদ্যুন্মুতো মেঘ ইবান্তরীক্ষে ॥২০॥
তে চাপি সর্ব্বে প্রবরা নরেন্দ্রা মহাবলা বর্ম্মিণশ্চর্ম্মিণশ্চ।
হর্ষান্বিতা যুযুধুস্তত্র রাজন্! সমন্ততঃ পাণ্ডবযোধবীরান্ ॥২১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি।
ঘটোৎকচবধে অলায়ুধস্য যুদ্ধপ্রবেশে দ্বিপঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

মশামন্ড রাংচাউবা, শাহিংচাবা, ঈ-নাই থক্পা শগোল চামনা অলায়ুধগী রথ চিংঙি ॥১৫॥ অলায়ুধগী রথগী চাকাগা লৈপাক্কা তরুবসিগী মখোল্দি নোংখোংবগী মতোঙ্গুম্ লুম্নহৌই। মাগী মখুত্তা পায়রিবা লীরুং অদুসু য়াম্না চাউশাংঙি, লীরী অদু য়াম্ন কল্লি, মরক মরক্ত সনানা থামদুনা ঈরং ঈরং লংঙি ॥১৬॥ অলায়ুধগী তেলশিং অদু অমময়া চৈত্তপ অমমম্গুম্ চাউই—কল্লি, মচীনশিং অদু য়োথৌনা মথৌ শঙলবা হূতৈরবা মক্তনি। অলায়ুধ মশামক ঘটোৎকচগুম্ন য়াম্না কল্লি নোয়পেল্লি ॥১৭॥ অলায়ুধগী রথগী ফিরাল অদু মৈ—নুমিৎকী মতোঙ্গুম্বা মশেক মঙাল্ন পূমথল থাল্ল। ফিরাল অদুদা লমহূই-ক্বাককী মূর্ত্তি য়েকই। অলায়ুধসু রথ অদুগী মথক্তা ঘটোৎকচগুম্ন মায়থোং অদু মকারাম্না পূমলং লংঙি ॥১৮॥ অলায়ুধগী মপাম্বোম অনীঙ্গ খুজী-তাম্নচিংবনা লৈজোংঙি, মকোক্ত লংলবা লুহুপ অম উপ্প, মঙকশমদা শনরীক পরেং লৈপরেংনা থোক্তনা নীঙখিজ্জে। মখ্বাঙদা থাঙ য়াল্লি, রথ অদুগী মখক্তা য়োচ্ছুকপুংগুরুচিংবা পাঙ-তাগদানচিংবা পীকথম্ন হাল্লি। অলায়ুধগী মশা অদু শামুগুম রাংচাউই, কল্লি ॥১৯॥ অসিগুম্বা অলায়ুধনা মহাক্কী রথ মথক অদুদা তোংদুন পাণ্ডবলাম্মীশিংবু নৈথায়রক্ত্না নোংথাংগা লোয়নরবা নোংগী মতোঙ্গুম্ন লালকম অদুদা অকিবকংনা থোক্তনা নীঙখিজখি ॥২০॥ মহারাজ! মতম অদুদা, থোক্তনা কল্লবা লালকুরিৎনা মশাপুম্বা কুপলবা, থাঙচুঙ্গোয় পায়বা কুরুপক্ষগী অকনবশিং অদুনসু মহাকপু উবদা থোক্তোক্লা সুংঙাক্তখিত্নবা মায়কৈমরিদগী ফুজিল্লক্তনা পাণ্ডবলাম্মীশিংগা কম্না থেংনবা হৌখি ॥২১॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা ঘটোৎকচবধগী মপুংদা অলায়ুধগী যুদ্ধপ্রবেশগী চাময়াঙৌনিথোক্তুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রিপঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চামায়াঙখেৎহুমদোইশুবা অধ্যায়

( অলায়ুধ হাৎপগী মতাং )

### সঞ্জয় উবাচ

তমাগতমভিপ্রেক্ষ্য ভীমকর্ম্মাণমাহবে । হর্ষমাহারয়াঞ্চক্রুঃ কুরবঃ সর্ব্ব এব তে ।১।
তথৈব তব পুত্রাস্তে দুর্য্যোধনপুরোগমাঃ । অপ্লবাঃ প্লবমাসাদ্য তর্ত্তুকামা ইবার্ণবম্ ।২।
পুনর্জাতমিবাত্মানং মন্বানাঃ পুরুষর্ষভাঃ । অলায়ুধং রাক্ষসেন্দ্রং স্বাগতেনাভ্যপূজয়ন্ ।৩।
তস্মিংস্ত্বমানুষে যুদ্ধেবর্ত্তমানে মহাভয়ে । কর্ণরাক্ষসয়োর্নক্তং দারুণপ্রতিদর্শনে ।৪।
উপপ্রৈক্ষন্ত পাঞ্চালাঃ স্ময়মানাঃ সরাজকাঃ । তথৈব তাবকা রাজন্! বীক্ষমাণাস্ততস্ততঃ ।৫।
(যুগ্মকম্)

চুক্রুশুর্নেদমস্তীতি দ্রোণদ্রৌণিকৃপাদয়ঃ । তৎ কর্ম্ম দৃষ্ট্বা সম্ভ্রান্তা হৈড়িম্বস্য রণাজিরে ।৬।
সর্ব্বমাবিগ্নমভবদ্ধাহাভূতমচেতনম্ । তব সৈন্যং মহারাজ! নিরাশং কর্ণজীবিতে ।৭।
দুর্য্যোধনস্তু সংপ্রেক্ষ্য কর্ণমার্ত্তিং পরাং গতম্ । অলায়ুধং রাক্ষসেন্দ্রং সমাহূয়েদমব্রবীৎ ।৮।

---

**সঞ্জয়না হায় ঃ**—মহারাজ ! অকিবগী মশক্ ওইরবা অলায়ুধনা চঙ্‌ঙকপসি উবদা কৌরব পক্ষগী লাল্মী পূম্নমক থোইনা নুংঙাইখি ॥১॥ লাম্হোক্লবা উপায়দি লৈতবা, সমুদ্রবু লান্দি লাপ্লীঙ্‌বা মীশিংনা সমুদ্রদুবু লাম্হোকপা ভস্ব হিজাউ অম উবদা হরাউ নুংঙাইবদুগুম্ন দুর্য্যোধননচিংবা কৌরবলাল্মী পূম্নমক অলায়ুধবু ফংবদা থোইদোক্ল হরাউ নুংঙাইজখি ॥২॥ লাল্মীশিং সিনা দুর্য্যোধন অমুক পোক্লেদনা অস্নুম্না খল্লখি । অদুদগী মথোয় ময়াম্না অলম্বুষবু লৈশি লৈথোনবগা লোয়ননা তরাম্ তরাম্ তৌখি ॥৩॥ মহারাজ ! অহিংদা কর্ণগা ঘটোৎকচগা অনীগী লাঞ্জাও অদুনা চম্বরক্লবদ, পাঞ্চাললাল্মী পূম্নমক্না, অঙকপগা লোয়ননা নিংথৌ লাল্মীশিংগা লোয়ননা লাল অদুবু মিপাইবগা লোয়ননা ভাবুক ওইনা য়েংদুনা লৈনখি ॥৪-৫॥ দ্রোণ, অশ্বত্থামা, কৃপনচিংবা কৌরবপক্ষগী অকনাশিংনা ঘটোৎকচগী থৌদৌ অদু উবদা "ভসিগী নুমিত্তা কৌরবলাল্মী পুম্বা তুম্লেদনা" হায়না চপ্‌ য়ুংনা খল্লখি—ঙাঙনখি ॥৬॥ মহারাজ ! মহারাজগী কৌরবলাল্মী পূম্নমক্ মিপাইনগ্রে, জ্ঞান তাখিদ্রে ; হাহাকার লাউনদুনা মথোয় মথোয়গী মপুনসি ফাওবা শাংথনখিগনি হায়বা আশা তৌদ্রে ॥৭॥ কর্ণনা শাথিনা শোকপদু উবদা দুর্য্যোধননা অলায়ুধবু কৌরক্ক না

এষ বৈকর্ত্তনঃ কর্ণো হৈড়িম্বেন সমাগতঃ। কুরুতে কর্ম সুমহদ্বলস্তোপরিকং রণে ॥৯॥

পশ্যৈতান্ পার্থিবান্ শূরান্ নিহতান্ ভৈমসেনিনা।
নানাশস্ত্রৈরভিহতান্ পাদপানিব দন্তিনা ॥১০॥

তবৈষ ভাগঃ সমরে রাজমধ্যে ময়া কৃতঃ। তবৈবানুমতে বীর! তং বিক্রম্য নিবর্হয় ॥১১॥

পুরা বৈকর্ত্তনং কর্ণমেষ পাপো ঘটোৎকচঃ। মায়াবলং সমাশ্রিত্য কর্ষয়ত্যরিকর্ষণ! ॥১২॥

এবমুক্তঃ স রাজ্ঞা তু রাক্ষসো ভীমবিক্রমঃ। তথেত্যুক্ত্বা মহাবাহুর্ঘটোৎকচমুপাদ্রবৎ ॥১৩॥

ততঃ কর্ণং সমুৎসৃজ্য ভৈমসেনিরপি প্রভো!। প্রত্যমিত্রমুপায়ান্তমর্দয়ামাস মার্গণৈঃ ॥১৪॥

তয়োঃ সমভবদ্যুদ্ধং ক্রুদ্ধয়ো রাক্ষসেন্দ্রয়োঃ। মত্তয়োর্বাসিতাহেতোর্দ্বিপয়োরিব কাননে ॥১৫॥

রক্ষসা বিপ্রমুক্তস্তু কর্ণোঽপি রথিনাং বরঃ। অভ্যদ্রবদ্ভীমসেনং রথেনাদিত্যবর্চ্চসা ॥১৬॥

তমায়ান্তমনাদৃত্য দৃষ্ট্বা গ্রস্তং ঘটোৎকচম্। অলায়ুধেন সমরে সিংহেনেব গবাং পতিম্ ॥১৭॥

রথেনাদিত্যবপুষা ভীমঃ প্রহরতাং বরঃ। কিরন্ শরৌঘান্ প্রযযাবলায়ুধরথং প্রতি ॥১৮॥

( যুগ্মকম্ )

---

অস্লয়া হায়রকই ॥৮॥ "বিকর্ত্তননন্দন কর্ণ অসে, লালকম্ অসিদা ঘটোৎকচগা কন্না থেংনহুনা মহাক্না ওম্বা শক্তি উৎতুনা তৌগদবমখৈ তৌরে ॥৯॥ অহুনা রাক্ষস অথোইবা! অমুক্ত য়েংঙু! শামুনা উজাউ ময়াম্বু থুদেক্ নৈথেক্পগুঙুম্না ঘটোৎকচনা মাগী মায়াগী খুৎলায়মক্তনা কৌরব লাম্মীশিংবু তুম্ন হাৎলকলি ॥১০॥ "অকন্বা! নহাক্পু ঐনা ওসি অমুক রায় লাম্মীশিং অসিগী মমাঙদা, নহাক্না হায়বিরবা অহুগী মতুং ইন্নদু, ঘটোৎকচগী শরুক্ অসি অকন্বা নহাক্না য়ারে, মাবু থৎনা য়াঙনা হাৎননবা তৌ" ॥১১॥ "য়েক্লবঙম্বা! পাপচেন্নবা, কল্লবা ঘটোৎকচ হায়বসিনা মায়াগী মথক্ত তোংহুনা কল্লবা, বিকর্ত্তননন্দন কর্ণবু ওমখিব! য়ানা লৈরে" ॥১২॥ দুর্য্যোধননা অস্লম্ হায়না লাউরক্লবদা মপাম্বোম চাউরবা; অকিবগী মশক্ ওইরবা অলায়ুধ হায়বসি "কৈ! মাদুমক্ তৌজনি!" অস্লম্ হায়না লাউহুনা ঘটোৎকচ তম্ন ফুজিল্লকই ॥১৩॥ মহারাজ! য়েক্লবগী মায়কৈরোমদগী অলায়ুধনা চঙশিল্লকপসি উবদা কল্লবা ঘটোৎকচস্লু কর্ণবু থাদোকলম্হুনা অলায়ুধরোমদা ফুজিল্লকই ॥১৪॥ ঋতু লাক্লিবী শামু অমবু মিকানহুনা মুম্নবদগী শামু লমশা অনীনা য়াথিল্লরকপগুঙুম্না ঘটোৎকচ অলায়ুধ অনী অসি অকিবা মিপাইবা পোক্ল থেংনবা হৌখি ॥১৫॥ অসোমদা ঘটোৎকচনা থাদোক্লম্মবহুদা কর্ণস্লু মুমিৎকী মতৌঙুম্ লংলবা মাগী রথ অহুদা তোংথন্নুনা ভীমনা লৈরিবা অদোমদা প্রেপ্ থৌজিন্খি ॥১৬॥ নোংশানা আক্রমণ তৌরবা শল্লাবঙম্বা, অলায়ুধনা আক্রমণ তৌশিনগ্রবা মচা ঘটোৎকচবু উবদা ভীমসেন অসি, কর্ণনা চঙঙকপগু থোইনা য়েংঙুদনা মাবু হন্দোক্লমহুনা, রাংচাউরবা লংলবা রথ তম্নগী মথক্তা য়েংথন্নুনা তেল মপৈ মপৈবু অতৎ অথম লৈতনা কাপ্শিন্ কাপ্শিন্দুনা অলায়ুধ তম্না

তমায়ান্তমভিপ্রেক্ষ্য স তদালায়ুধঃ প্রভো ! । ঘটোৎকচং সমুৎসৃজ্য ভীমসেনং সমাদ্রবৎ ॥১৯॥
তং ভীমঃ সহসাভ্যেত্য রাক্ষসান্তকরঃ প্রভো ! । সগণং রাক্ষসেন্দ্রং তং শরবর্ষৈরবাকিরৎ ॥২০॥
তথৈবালায়ুধো রাজন্ ! শিলাধৌতৈরজিহ্মগৈঃ । অভ্যবর্ষত কৌন্তেয়ং পুনঃ পুনররিন্দম ॥২১॥
তথা তে রাক্ষসাঃ সর্ব্বে ভীমসেনমুপাদ্রবন্ । নানাপ্রহরণা ভীমাস্তৎসুতানাং জয়৷ৈষিণঃ ॥২২॥
স তাড্যমানো বহুভির্ভীমসেনো মহাবলঃ । পঞ্চভিঃ সর্ব্বাংস্তানবিধ্যন্নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥২৩॥
তে বধ্যমানা ভীমেন রাক্ষসাঃ খরযোনয়ঃ । বিনেদুস্তুমুলান্ নাদান্ দুদ্রুবুশ্চ দিশো দশ ॥২৪॥
তাংস্ত্রাস্যমানান্ ভীমেন দৃষ্ট্বা রক্ষো মহাবলম্ । অভিদুদ্রাব বেগেন শরৈশ্চৈনমবাকিরৎ ।
তং ভীমসেনঃ সমরে তীক্ষ্ণাগ্রৈরজিহ্মগৈঃ ॥২৫॥
অলায়ুধস্তু তানস্তান্ ভীমেন বিশিখান্ রণে । চিচ্ছেদ কাংশ্চিৎ সমরে ত্বরয়া কাংশ্চিদগ্রহীৎ ॥২৬॥
স তং দৃষ্ট্বা রাক্ষসেন্দ্রং ভীমো ভীমপরাক্রমঃ । গদাং চিক্ষেপ বেগেন বজ্রপাতোপমাং তদা ॥২৭॥
তমাপতন্তীং বেগেন গদাং জ্বালাকুলাং ততঃ । গদয়া তাড়য়ামাস সা গদা ভীমমাব্রজৎ ॥২৮॥
স রাক্ষসেন্দ্রং কৌন্তেয়ঃ সরবর্ষৈরবাকিরৎ । তানপ্যস্যাকরোম্মোঘান্ রাক্ষসো নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥২৯॥

---

ফূজিন্‌খ্রে ॥১৭-১৮॥ মহারাজ ! ভীমসেননা চঙশিল্লকপসি উবদা অলায়ুধসু ঘটোৎকচবু থাদোক্লমত্থন ভীমলোমদা শীংনদুনা হোচ্চিল্লকই ॥১৯॥ মহারাজ ! হিংচাবা কয়া কয়াগী মথ্‌াই লোৎপ্রবা ভীমসেননা অলায়ুধগী মাঙদা হোচ্চিল্লক্‌না তেল মপৈ মপৈনা মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা অলায়ুধদা কম কম্না থাবা হৌরক্লে ॥২০॥

মহারাজ ! য়েক্লববু নৈচৎঙম্বা অকন্‌বা অলায়ুধ হায়বত্থসু ভীমগী মথক্তা য়োখোনা মথো শঙলবা তেল মপৈ মপৈমক্তা হৈথরক্লে ॥২১॥ মহারাজ ! মহারাজগী পক্ষনা জয় ওইখিবত খল্লবা অকিবগী মশক্ ক্‌লবা অলায়ুধ হিংচাবা লান্মীশিং অত্তসু ওম্বোক্ ওম্বোকপা ভক্রবা খুৎলায়মক্ত পায়খত্ত্‌না ভীম তম্না ফূজিল্লকই ॥২২॥ হিংচাবা ময়াম্না অসুম্না তক্‌শিল্লকলবদা ভীমসেননসু থোৌরবা তেল মঙা মঙানা মথোয়দা মীপুম্ থীৎনা থাল্লকই ॥২৩॥ ভীমসেনগী কল্লবা শাফু অসি খাঙবা ভমদত্থনা অলায়ুধগী হিংচাবা লান্মীশিং অসি কায়ত্তনা চেন্নরে ॥২৪॥ মাগী লান্মীশিংবু তক্‌খায়বসি উবদা অলায়ুধনা মশামক্ ভীমগী মায়গৈবোমদ চেলশিল্লবই । অত্তদগী থোরথোরবা তেম্না ভীমদা কাপশিল্লি । ভীমসু মঙোন্দা কম্না কম্না থাজিল্লি ॥২৫॥ অলায়ুধনা ভীমনা কাপ্‌লকপা তেলশিং অত্থু খরবুনা ককথৎলি, খরবুনা চোংশিন চোংশিন্দুনা মখুৎ অনীনা তাপ তাপ কায় ॥২৬॥ মতম অসিদা ভীমসেননা বজ্রগা মান্ননা কল্লবা গদা অম পায়খত্ত্‌না, মীৎকুপ্তমথৈ মুম্না য়েংলগা মপাচুম্না অলায়ুধগী মথবাক্ তম্না লংঙকই ॥২৭॥ লংলবা মশেক মঙাম্না থল্লবা গদা অত্থনা পাইশিল্লকলবদা অলায়ুধনা গদা অমনা ওকত্থনা ভীমগী গদা থোমদোকখি । অত্থদগী গদা অত্থ ভীমলোমদত্থম্ থকতোক্লকই ॥২৮॥ মতম অত্থদা শাউরবা ভীমসেননা অত্তৎ অথম্ লৈতনা তেম্না পুম্নমম্না

তে চাপি রাক্ষসাঃ সর্ব্বে রথস্থাং ভীমবিক্রমাঃ। শাসনাদ্রাক্ষসেন্দ্রস্য নিজঘ্নুরথ কুঞ্জরান্ ।৩০।
পাঞ্চালাঃ সৃঞ্জয়াশ্চৈব বাজিনঃ পরমদ্বিপাঃ। ন শান্তিং লেভিরে তত্র রাক্ষসৈস্তৈঃ প্রপীড়িতাঃ ।৩১।
তং তু দৃষ্ট্বা মহাঘোরং বর্ত্তমানং মহাহবম্। অব্রবীৎ পুণ্ডরীকাক্ষো ধনঞ্জয়মিদং বচঃ ।৩২।
পশ্য ভীমং মহাবাহুং রাক্ষসেন্দ্রবশং গতম্। পদবীমস্য গচ্ছ ত্বং মা বিচারয় পাণ্ডব! ।৩৩।
ধৃষ্টদ্যুম্নঃ শিখণ্ডী চ যুধামন্যূত্তমৌজসৌ। সহিতৌ দ্রৌপদেয়াশ্চ কর্ণং যান্তু মহারথাঃ ।৩৪।
নকুলঃ সহদেবশ্চ যুযুধানশ্চ বীর্য্যবান্। ইতরান্ রাক্ষসান্ ঘ্নন্তু শাসনাত্তব পাণ্ডব! ।৩৫।
ত্বমপীমাং মহাবাহো! চমূং দ্রোণপুরস্কৃতাম্। বারয়স্ব নরব্যাঘ্র! মহদ্ধি ভয়মাগতম্ ।৩৬।
এবমুক্তে তু কৃষ্ণেন যথোদ্দিষ্টাঃ মহারথাঃ। জগ্মুর্বৈকর্ত্তনং কর্ণং রাক্ষসাংশ্চৈব তান্ রণে ।৩৭।
অথ পূর্ণায়তোৎসৃষ্টৈঃ শরৈরাশীবিষোপমৈঃ। ধনুশ্চিচ্ছেদ ভীমস্য রাক্ষসেন্দ্রঃ প্রতাপবান্ ।৩৮।
হয়াংশ্চাস্য শিতৈর্ব্বাণৈঃ সারথিঞ্চ মহাবলঃ। জঘান মিষতঃ সংখ্যে ভীমসেনস্য রাক্ষসঃ ।৩৯।
সোঽবতীর্য্য রথোপস্থাদ্ধতাশ্বো হতসারথিঃ। তস্মৈ গুর্ব্বীং গদাং ঘোরাং বিনদন্নুৎসসর্জ্জ হ ।৪০।

---

কাপশিল্লকই। অদুবু অলায়ুধনা ভীমগী তেল ময়াম্ অদু লোইনা অমেম্বদা তাহনখি ॥২৯॥ অদুগী তুংদা, অহিংদা থোইনা মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবা লাম্মীশিং অসি অলায়ুধগী য়াথং মতুং ইন্না পাণ্ডব পক্ষগী শামু মখৈ অকং অকং হাৎপা হৌরকলে ॥৩০॥ অলায়ুধগী হিংচাবা লাম্মীশিংনা নৈশিল্লকপসিদা পাঞ্চাল অমদি সৃঞ্জয়গী লাম্মীশিং অসি তৌকম্ খণ্ডক্রে, পোত্থাকম্ খণ্ডক্রে। শগোল শামু পুম্বা মিপাইরে ॥৩১॥ অকিবগী মশক্ ওইরবা লাঞ্জা ও অসিনা চত্থরক্লবদা কৃষ্ণনা অর্জুনদা অসুম্না হায়রকই :—॥৩২॥ অর্জুন! য়েংঙু নে অর্জুন! নয়াম্বা কল্লবা ভীমসেন অসে অলায়ুধগী মখা পোনখিগদৌরে! অদুনা চত্তশিনসি অসোম্দা, অতৈ অম খল্লগনু ॥৩৩॥ ধৃষ্টদ্যুম্ন, শিখণ্ডী, যুধামন্যু উত্তমৌজা অনীসি অদুগা দ্রৌপদী মচাশিং মহারথীশিং অসিনা কর্ণয়োম্ চত্তশিন্-খ্রসনু ॥৩৪॥ পাণ্ডুনন্দন! অর্জুন! নংগী য়াথংগী মতুং ইন্না নকুল সহদেব অদুগা কল্লবা সাত্যকিনা হিংচাবা লাম্মীশিং অসিগা পানহৌরসনু ॥৩৫॥ "নিপা অথোইবা! নংস্থ দ্রোণগী লাম্মীশিং অসিবু থিংনবা হোৎনৌ। চৌজিক্ অরুবা, খুদোংথীবা য়াবা কীভম অম লাক্কদৌরে"! ॥৩৬॥ কৃষ্ণনা অসুম্না হায়রক্লবদা, পাণ্ডব পক্ষগী লাম্মীশিংনা অর্জুনগী য়াথংদগী বিকর্ত্তননন্দন কর্ণদা, অদুগা হিংচাবা লাম্মীশিং অদুদা কন্না কন্না থাব হৌরকলে ॥৩৭॥ মরক অসিদা মতীক্ মগুণ চাউরবা কল্লবা অলায়ুধনা মাগী লীক্লং অদুবু নাকোং মক্ল কংনা চিংদুনা তেল থোরবা অমনা ভীমগী মখুত্তা পায়রিবা লীক্লং অদুবু থুদুম্ মথক্তা ককৃথৎখি ॥৩৮॥ অদুদগী কল্লবা অলায়ুধনা থোরবা তেল মপৈ অম কাপশিল্লকদুনা ভীমগী শগোলদা সারথিদা কন্না থারকলে ॥৩৯॥ শগোলগা সারথিগা শিপ্রবদা ভীমসেন অসি রথদগী কল হেক চোংথদুনা সিংহনাদ লাউদুনা অকিবগী মশক ওইরবা গদা অম পায়খত্তুনা অলায়ুধ তয়া লংতকই ॥৪০॥

ততস্তাং ভীমনির্ঘোষামাপতন্তীং মহাগদাম্। গদয়া রাক্ষসো ঘোরো নিজঘান ননাদ চ ॥৪১॥
তদ্দৃষ্ট্বা রাক্ষসেন্দ্রস্য ঘোরং কর্ম্ম ভয়াবহম্। ভীমসেনঃ প্রহৃষ্টাত্মা গদামাশু পরামৃশৎ ॥৪২॥
তয়োঃ সমভবদ্যুদ্ধং তুমুলং নররক্ষসোঃ। গদানিপাতসংহ্রাদৈর্ভুবং কম্পয়তোর্ভৃশম্ ॥৪৩॥
গদাবিমুক্তৌ তৌ ভূয়ঃ সমাসাদ্যেতরেতরম্। মুষ্টিভির্বজ্রসংহ্রাদৈরন্যোন্যমভিজঘ্নতুঃ ॥৪৪॥
রথচক্রৈর্যুগৈরক্ষৈরধিষ্ঠানৈরুপস্করৈঃ। যথাসন্নমুপাদায় নিজঘ্নতুরমর্ষণৌ ॥৪৫॥
তৌ বিক্ষরন্তৌ রুধিরং সমাসাদ্যেতরেতরম্। মত্তাবিব মহানাগৌ চকৃষাতে পুনঃ পুনঃ ॥৪৬॥
তদপশ্যদ্ধৃষীকেশঃ পাণ্ডবানাং হিতে রতঃ। স ভীমসেনরক্ষার্থং হৈড়িম্বং পর্য্যচোদয়ৎ ॥৪৭॥
সংপ্রেক্ষ্য সমরে ভীমং রক্ষসা গ্রস্তমন্তিকাৎ। বাসুদেবোঽব্রবীদ্রাজন্! ঘটোৎকচমিদং বচঃ ॥৪৮॥
পশ্য ভীমং মহাবাহো। রক্ষসা গ্রস্তমাহবে। পশ্যতাং সর্ব্বসৈন্যানাং তব চৈব মহাদ্যুতে। ॥৪৯॥
স কর্ণং ত্বং সমুৎসৃজ্য রাক্ষসেন্দ্রমলায়ুধম্। জহি ক্ষিপ্রং মহাবাহো। পশ্চাৎ কর্ণং বধিষ্যসি ॥৫০॥
স বাষ্ণেয়বচঃ শ্রুত্বা কর্ণমুৎসৃজ্য বীর্য্যবান্। যুযুধে রাক্ষসেন্দ্রেণ বকভ্রাত্রা ঘটোৎকচঃ ॥৫১॥
তয়োঃ সুতুমুলং যুদ্ধং বভূব নিশি রক্ষসোঃ। অলায়ুধস্য চৈবোগ্রং হৈড়িম্বস্য চ ভারত। ॥৫২॥

---

ভীমনা লংশিল্লকপা অকিবগী মশক্ ওইরবা গদা অহূনা ওংহূনা পাইশিল্লক্লবদা, অলায়ুধনা অতোপ্পা মাগী গদা অমনা ভীমগী গদা অহুবু খত্তোকু্না লৈমায়থক্ত অযেম্বদা তাহনখ্রে ॥৪১॥ অলায়ুধগী মখোনাগী থবক অহু উবদা ভীম অসি থোইনহুম্ পেন্থিহুনা অতোপ্পা অমমুক্ পায়খৎলি ॥৪২॥ অহুদগীদি ভীম অলায়ুধ অনীগী গদাগী লাল্ হৌখ্রে। মখোয় অনীগী গদানা থেংনরকপা-থানরকপগী মখোয়া, অহূগা লৈমায়থক্তা চৎনরকপা খোঙথাংগী ঈনিয়া লালকম্ লৈমায় অহু থক্ থক্ নীকপকপে ॥৪৩॥ অহুদগী অকনবা অনীসি মাগী মাগী গদাহু থাদোক্লহুনা পাম্বোমগা পাম্বোমগা পায়হুনা ঈল্লরকই। মল্লযুদ্ধ ভৌবা হৌখ্রে ॥৪৪॥ অহুদগী মখোয় অনীসি রথ চাকা অতেকপা, রথগী চাকাগী মশাগী মশা মচাং, চাক্লেন, অম্বারীনচিংবা মখুৎ মথুৎনা হেক্ হেক্ লাম্ব ফংব থেংনরুবহু পায়খত্ত্না থানরকপে ॥৪৫॥ অনীগী মশাসি ঈহুং নাইহং শানরকপে। ময়াম্ব কায়বা শামুলমশা অনীগী মত্তৌওম্ অমনা অমবু অমুমুক লাক্ত্না শ্রো-শ্রো চিংনরকপে ॥৪৬॥ মতম্ অসিদা পাণ্ডবশিংগী ফননবত খল্লবা কৃষ্ণনা থৌদোক অসি উবদা ভীমসেনবু কনগে নীওখিহুনা ঘটোৎকচবু তাপ্পাহুদা থাথিল্লকই ॥৪৭॥ মহারাজ! অলায়ুধনা ভীমবু লাক্চনা তৌরকপহু উবদা কৃষ্ণনা ঘটোৎকচদা অস্তুম্না হায়রকই ॥৪৮॥ অকন্বা! য়েংঙ্! নপাবুং অকমবা ভীমবু লাম্মীশিং আসগী মাঙমক্তদা অলায়ুধনা শুম্থিগদৌয়ে, থীনগনু ॥৪৯॥ অকনবা! নহাক্ হৌজিক কর্ণবু থাদোকলমুহুনা হিংচাবা অথোইবা অলায়ুধয়োমদা কুজিল্লু। কর্ণবু তুংদা হাৎসি ॥৫০॥ কৃষ্ণগী য়াসি তাবদা; কল্লবা ঘটোৎকচনা কর্ণবু থাদোকলমহুনা বক রাক্ষসগী মনাও কল্লবা অসায়ুধগা কন্না থেংনবা হৌথি ॥৫১॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা,

অলায়ুধস্ত যোধাংশ্চ রাক্ষসান্ ভীমদর্শনান্। বেগেনাপততঃ শূরান্ প্রগৃহীতশরাসনান্ ॥৫৩॥
আত্তায়ুধঃ সুসংক্রুদ্ধো যুযুধানো মহারথঃ। নকুলঃ সহদেবশ্চ চিচ্ছিদুর্নিশিতৈঃ ॥৫৪॥

(যুগ্মকম্)

সর্ব্বাংশ্চ সমরে রাজন্। কিরীটী ক্ষত্রিয়র্ষভান্। পরিচিক্ষেপ বীভৎসুঃ সর্ব্বতঃ প্রকিরন্ শরান্ ॥৫৫॥
কর্ণশ্চ সমরে রাজন্। ব্যদ্রাবয়ত পার্থিবান্। ধৃষ্টদ্যুম্নশিখণ্ড্যাদীন্ পাঞ্চালানাং মহারথান্ ॥৫৬॥
তান্ বধ্যমানান্ দৃষ্ট্বাতু ভীমো ভীমপরাক্রমঃ। অভ্যয়াত্বরিতঃ কর্ণং বিশিখান্ প্রকিরন্ রণে ॥৫৭॥
ততস্তেঽপ্যাযযুর্হত্বা রাক্ষসান্ যত্র সূতজঃ। নকুলঃ সহদেবশ্চ সাত্যকিশ্চ মহারথঃ।
তে কর্ণং যোধয়ামাসুঃ পাঞ্চালা দ্রোণমেব তু ॥৫৮॥
অলায়ুধস্তু সংক্রুদ্ধো ঘটোৎকচমরিন্দমম্। পরিঘেণাতিকায়েন তাড়য়ামাস মূর্দ্ধনি ॥৫৯॥
স তু তেন প্রহারেণ ভৈমসেনির্মহারথঃ। ঈষন্মূর্চ্ছিতমাত্মানমস্তম্ভয়ত বীর্য্যবান্ ॥৬০॥
ততো দীপ্তাগ্নিসঙ্কাশামষ্টঘণ্টামলঙ্কৃতাম্। চিক্ষেপ তস্মৈ সমরে গদাং কাঞ্চনভূষিতাম্ ॥৬১॥
সা হয়াংশ্চ রথঞ্চাস্য সারথিঞ্চ মহাস্বনা। চূর্ণয়ামাস বেগেন বিসৃষ্টা ভীমকর্ম্মণা ॥৬২॥

---

অহিংগী লান্দা, কনবা হৈবা মাঙ্গরবা, মায়াহৈবা মাঙ্গবা ঘটোৎকচ-অলায়ুধ অনীসি শাথিনা কন্না থেংনরক্লে ॥৫২॥ অনীনা অস্থুম্ তৌনরিঙৈদা অলায়ুধগী হিংচাবা লান্মীশিং অতুনা মথোয়গী চাউর চাউরবা থুৎলায়শিং অতগা লোয়ননা ভীম তম্না চেলশিল্লকপচু উবদা নকুল সহদেব সাত্যকিনচিংবা অকনবশিংনা অলায়ুধগী হিংচাবা লান্মীশিং অতুনা কাপশিল্লকপা তেলমথৈ কককক্তুনা থাদরক্লে ॥৫৩॥ মহারাজ! অমরোম্দা, লালকমদা চঙ্ শিল্লকদবগী হোৎনরকপা অতুগা চঙ-শিল্লকপা কৌরবকী অকনবা লান্মীশিংবু অর্জ্জুননা লোয়না ঙাকথোক্তুনা থিংখি, হেক্লিলহন্খিক্লে ॥৫৫॥ মহারাজ! অমরোম্দা কর্ণনসু পাণ্ডব পক্ষগী পাঞ্চাল সৃঞ্জয় লান্মীশিংবু অতুগা ধৃষ্টদ্যুম্ন শিখণ্ডী-নচিংববু নৈবা হৌরক্লে ॥৫৬॥ কর্ণনা য়াম্না লাকচনা তৌরকপসি উবদা ভীমনা তেল মপৈমপৈ কাপশিন্ থাজিল্লক্তুনা কর্ণ তম্না ফুজিল্লকই ॥৫৭॥ অতুদগী তুংদা; নকুল সহদেব, মহারথী সাত্যকি মথোয়সিনা অলায়ুধগী হিংচাবা লান্মীশিংবু হাচ্চিল্লক্তুনা কর্ণনা লৈরিবা মফম্ অদু তাম্না চঙশিল্লকই। মফম্ অতুদা পাঞ্চালশিংগা কর্ণগা য়াম্না কন্ন থেংনতুনা লৈরম্মি ॥৫৮॥ অসোম্দা অলায়ুধসু য়াম্ন হেন্না শাউখিতুনা চাউরবা য়োচ্চুক অমনা, চেলশিল্লক্তুনা ঘটোৎকচগী মকোক্ত থাখি ॥৫৯॥ মতম্ অসিদা কল্লবা ঘটোৎকচ অসি ওহাক্তং জ্ঞান তাদেদি হায়রবু খোঙকম্ নামকাওবা লেঙ্ বিখিক্লে ॥৬০॥ ওহাক লৈরগা থোইনা শাউরবা ঘটোৎকচনা, য়োংকী পুম্লেবা, শরীক নিপান্ য়ানবা সনানা মরক মরক্ত বুৎ থিল্লবা, গদা অম পায়খতুনা অলায়ুধরোমদা লাকতুনা লংশিল্লকই ॥৬১॥ অকিবগী মশক ওইরবা থবক্ত তৌরবা ঘটোৎকচনা লংশিল্লকপা গদা

স ভগ্নহয়চক্রাক্ষাদ্বিশীর্ণধ্বজকুবরাৎ । উৎপপাত রথাত্তূর্ণং মায়ামাস্থায় রাক্ষসীম্ ॥৬৩॥
স সমাস্থায় মায়াস্তু ববর্ষ রুধিরং বহু । বিদ্যুদ্বিভ্রাজিতঞ্চাসীত্তিমিরাভ্রাকুলং নভঃ ॥৬৪॥
ততো বজ্রনিপাতাশ্চ সাশনিস্তনয়িত্নবঃ । মহাংশ্চটচটাশব্দস্তত্রাসীচ্চ মহাহবে ॥৬৫॥
তাং প্রেক্ষ্য মহতীং মায়াং রাক্ষসো রাক্ষসস্তু তু । ঊর্দ্ধমুৎপত্য হৈড়িম্বস্তাং মায়াং মায়য়াবধীৎ ॥৬৬॥
সোঽভিবীক্ষ্য হতাং মায়াং মায়াবী মায়য়ৈব হি । অশ্মবর্ষং সুতুমুলং বিসসর্জ ঘটোৎকচে ॥৬৭॥
অশ্মবর্ষং স তং ঘোরং শরবর্ষেণ বীর্য্যবান্ । দিক্ষু বিধ্বংসয়ামাস তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৬৮॥
ততো নানাপ্রহরণৈরন্যোন্যমভিবর্ষতাম্ । আয়সৈঃ পরিঘৈঃ শূলৈর্গদামুষলমুদ্গরৈঃ ॥৬৯॥
পিনাকৈঃ করবালৈশ্চ তোমরপ্রাসকম্পনৈঃ । নারাচৈর্নিশিতৈর্ভল্লৈঃ শরৈশ্চক্রৈঃ পরশ্বধৈঃ ॥৭০॥
অয়োগুড়ৈর্ভিন্দিপালৈর্গোশীর্ষোলূখলৈরপি । উৎপাটিতৈর্মহাশাখৈর্বিবিধৈর্জগতীরুহৈঃ ।৭১।
শমীপীলুকরীরৈশ্চ চম্পকৈশ্চৈব ভারত । । ইঙ্গুদৈর্বদরীভিশ্চ কোবিদারৈশ্চ পুষ্পিতৈঃ ॥৭২॥

---

অদুনা অলায়ুধগী শগোল সারথি অমদা রথ খোৎখোৎপা অমুক্তদা উফুল মরীক মরীক থোক্না থুগাইখি ॥৬২॥ মহাক্কী থুৎত থুৎলায়না থন্না হাপ্লবা রথ, সারথি, শগোল, ফিরাল লোইনা লৈখিদ্রবদা অলায়ুধ অসি নোংমদোম্বক্ত মায়া তৌদুনা পাইখৎখ্রে ॥৬৩॥ অলায়ুধনা নোংমদোন্থক্তগী ঈখেং ঙাক্ত মরী মরী হৈথরকই। নোংমদোন মকোয় অদূ অমুক্না পুম্ঙাল হেক ঙাল্লি, অমুক্না নোংখাংগা য়াম্নবা নোং মতুম মতুমা পুম্মম্ হেক মাম্ম ॥৬৪॥ অদুদগী রাক্ষস অনীসিগী বজ্র থাদনরকপা, নোংখাংগা লোয়ননা নোংখোংগুম্বা অমগমগ ছেৎ-ছাৎ ছেৎ ছাৎ থানয়কপগী মখোম্না লালকম্ অদু পুম্নিন্ নিনখ্রে ॥৬৫॥ অদুদগী মায়া হৈরবা ঘটোৎকচনা মায়া তৌদুনা নোংমদোনথক্ত পাইখৎখি ॥৬৬॥ মায়া হৈরবা অলায়ুধনা মাগী মায়া অদু মাঙহনখিবদু উবদা মায়া তৌদুনা নুংগী লেলগা মরী মরীনা নোংগী থারা ওইনা ঘটোৎকচগী মথক্ত হৈথরকলে ॥৬৭॥ কল্লবা ঘটোৎকচনা নুংগী লেলনা তারকালবা মপৈ মপৈ অদুবু তেক্তুনা কককককতুনা লোইনা মাঙহনখ্রে। মাদুমক ফনা ঙকপা থবক অম ওইনা থোকখি ॥৬৮॥ অদুগী তুংদা ঘটোৎকচ অলায়ুধ অনী অসি য়েংচ্ছুক নুংশুরুচিংবা লংশিন্নরক্তুনা অকিবা ফংনা খেংনরকলে ॥৬৯॥ অসিগী তুংদা মখোয় অনীমক্ অমনা অমগী মথক্তা; মচীন্লোংবা তা, থাঙশাং, হুন্নতা, য়েৎতুম মচীনশাবা থুৎলায়, চক্র, শীংজং অসিনচিংবা লংশিন্ থাজিন্নরকই ॥৭০॥ য়োত্তুম্ (য়োৎকী গোলা), ভিন্দিপাল, মচিপানবা শলগী মকোক্, সুম্বল মণ্ডং মানবা, মরুমরা য়াণ্ডনা ফুরুবা মশামরেং য়াম্ন পানবা উচালপাম্বী, খোংনাংবটপাম্বী চীংগুপাম্বী, লৈহাউপাম্বী, হীংপাম্বী (হীং শোদোকফম্ উপাম্বী) পোরোইপাম্বী, মহৈ মপান্ন থল্লবা কৌবিদারপাম্বী, কুরাউ-পাংগোংপাম্বী, উহন্পাম্বী খোংনাং তরুপাম্বী, বটপাম্বী সনাখোংনাং পাম্বীনচিংবা চাউর চাউরবা উপাম্বী কয়া কয়া

শালৈশ্চাপিবিধৈশ্চ প্লক্ষ-ন্যগ্রোধ-পিপ্পলৈঃ । মহদ্ভিঃ সমরে তস্মিন্নন্যোন্যমভিজঘ্নতুঃ ॥৭৩॥
বিপুলৈঃ পর্ব্বতাগ্রৈশ্চ নানাধাতুভিরাচিতৈঃ । তেষাং শব্দো মহানাসীদ্বজ্রাণাং ভিদ্যতামিব ॥৭৪॥
(কুলকম্)

যুদ্ধং তদভবদ্ঘোরং ভৈম্যলায়ুধয়োর্নৃপ ! । হরীন্দ্রয়োর্যথা রাজন্ ! বালিসুগ্রীবয়োঃ পুরা ॥৭৫॥
তৌ যুদ্ধা বিবিধৈর্ঘোরৈরায়ুধৈর্বিশিখৈস্তথা । প্রগৃহ্য নিশিতৌ খড়্গাবন্যোন্যমভিজঘ্নতুঃ ॥৭৬॥
তাবন্যোন্যমভিদ্রুত্য কেশেষু সুমহাবলৌ । ভুজাভ্যাং পর্য্যগৃহ্লীতাং মহাকায়ৌ মহাবলৌ ॥৭৭॥
তৌ স্বিন্নগাত্রৌ প্রস্বেদং সুস্রুবাতে জনাধিপ ! । রুধিরঞ্চ মহাকায়াদতিবৃষ্টাবিবাচলৌ ॥৭৮॥
অথাভিপত্য বেগেন সমুদ্‌ভ্রাম্য চ রাক্ষসম্ । বলেনাক্ষিপ্য হৈড়িম্বশ্চকর্ত্তাস্য শিরো মহৎ ॥৭৯॥
সোঽপহৃত্য শিরস্তস্য কুণ্ডলাভ্যাং বিভূষিতম্ । তদা সুতুমুলং নাদং ননাদ সুমহাবলঃ ॥৮০॥
হতং দৃষ্ট্বা মহাকায়ং বকজ্ঞাতিমরিন্দমম্ । পাঞ্চালাঃ পাণ্ডবাশ্চৈব সিংহনাদান্ বিনেদিরে ॥৮১॥
ততো ভেরীসহস্রাণি শঙ্খানাময়ুতানি চ । অবাদয়ন্ পাণ্ডবেয়া রাক্ষসে নিহতে যুধি ॥৮২॥
অতীব সা নিশা তেষাং বভূব বিজয়াবহা । বিদ্যোতমানা বিবভৌ সমন্তাদ্দীপমালিনী ॥৮৩॥

---

অদুগা, সনালুপাগী খোংনা থল্লবা ; ধাতু মখল্ মখম্না শোদোক্ত্না মহী চেল্লবা চীঙদোল্ কয়া কয়া ফক্‌কায়দুনা লাক্ লাক্ত্না লংশিন্নরক্‌লে। মহারাজ ! মখোয়না অস্তুম্না থানরক-পাসিদা মৈ হোত্থুনা পোখায়রবা বজ্রময়াম্না তারকপদুগী মখোল্‌গুম্না নাকোং মেন্দুনা থাঙ্‌নরবা মখোম্না লালকম্ অদু পূম্‌নিন্ নিনখ্রে ॥৭১-৭৪॥

মহারাজ ! মমাঙৈদা ত্রেতাদা য়োং অথোইবা, খোইনস্থ কল্লবা বালিগা সুগ্রীবগা অনীগী কল্লবা অকিবগী মশক কংসবা মল্লযুদ্ধগী লানদুগুম্না ঘটোৎকচগা অলায়ুধগা অনীগী লাল ওইখ্রে ॥৭৫॥ মখল মখলগী খুংলায়গী লাল তৌনরবা তুংদা, মখোয় অনীসি থৌরবা লংলবা, থাঙশাং অমমম পায়দুনা য়াম্নবা হাইনবা হোৎরকলে ॥৭৬॥ অদুদগীদি মশামউ চাউ-শাংবা মান্নরবা হকচাংগী অমদি খম্বোয়গী পাঙ্গল চপ চানা লৈনরবা অনী অসি মশম মশমগা পায়নদুনা চিংনরকই ॥৭৭॥ মহারাজ ! নোং য়াম্না কম্না কুইনা তাক্লরবা তুংদা চাউরবা চীঙনা চীঙলৈবাক্কী লৈভাঙনা পূমচোৎ চোৎপদুগুম্না ঘটোৎকচ অলায়ুধ অনীসিগী মশা পূম্বা হুমাংনা পূমচোৎ চোৎনখি। হকচাং কায়াৎ খিবিক্কগী ঈথেং শিন্থনরকলে ॥৭৮॥ অদুদগীদি কল্লবা ঘটোৎকচনা শাকু কন্না হোচ্চিন্দুনা অলায়ুধবু কৈবোম্না থাংগৎতুনা লৈমায়থক্ত থাদরগা, মশম লাকতুনা শ্রেংশ্রে চিংঙি। মখুং নামনা শম লাকতুনা চিংলগা মথুৎ নামনা থাঙ হাইগতুনা অলায়ুধগী মঙক ককখি ॥৭৯॥ অদুদগী কাহেন্না তমথিনা কল্লবা ঘটোৎকচনা অলায়ুধগী কুণ্ডলনাইম্না লৈতেংলবা মকোক অদুবু পায়খৎতুনা সিংহনাদ লাউরকই ॥৮০॥ অসোমদা পাঞ্চাল লান্মীশিংনা অদুগা পাণ্ডব লান্মীশিংনা বকরাক্ষসগী মনাও কল্লবা মশা মউ রাংচাউরবা য়েক্লব ওম্বা অলায়ুধবু হাৎখিবদু উবদা হরাউ নুংঙাইবনা মায়গৈ মরি পূমনিন নিন্না সিংহনাদ লাউনখি ॥৮১॥ অলায়ুধনা শিখিবসিদা পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডব পক্ষগী লান্মীশিংনা পুংলোল যন্ত্রনচিংব য়ৈখৎখোংগৎখি ॥৮২॥ মরমদি মদুগী নুমিৎকী

অলায়ুধস্য তু শিরো ভৈমসেনির্ব্বাবদঃ। দুর্য্যোধনস্য প্রমুখে চিক্ষেপ গতচেতনঃ ॥৮৪॥
অথ দুর্য্যোধনো রাজা দৃষ্ট্বা হতমলায়ুধম্। বভূব পরমোদ্বিগ্নঃ সহ সৈন্যেন ভারত! ॥৮৫॥
তেন হ্যস্য প্রতিজ্ঞাতং ভীমসেনমহং যুধি। হন্তেতি স্বয়মাগত্য স্মরতা বৈরমুত্তমম্ ॥৮৬॥
ধ্রুবং স তেন হন্তব্য ইত্যমন্যত পার্থিবঃ। জীবিতং চিরকালায় ভ্রাতৄণাঞ্চাপ্যমন্যত ॥৮৭॥
স তং দৃষ্ট্বা বিনিহতং ভীমসেনাত্মজেন বৈ। প্রতিজ্ঞাং ভীমসেনস্য পূর্ণামেবাভ্যমন্যত ॥৮৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে অলায়ুধবধে ত্রিপঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——(:0:)——

---

অহিংগী লাল অসিদা মকম অয়াম্বদা পাণ্ডবশিংনা জয় ওইখি। অদুগা অহিং অদু থাউমৈ পরেং পরেং, মৈবুল মৈয়া পয়েংনা লৈতেং ওইদুনা থোইদোক্না নীঙথিজখি ॥৮৩॥ অদুদগী ঘটোৎকচনা অলায়ুধগী মকোক্ অদু পায়দুনা জ্ঞান তাদনা লৈরবা দুর্য্যোধন তয়া লংশিল্লকই ॥৮৪॥ ভরতনন্দন! অলায়ুধনা মাগী হিংচাবা লাম্মী পূম্নমক্না লোয়ননা শিখিবসি উবদা দুর্য্যোধননা মায়থোং লাংশিন্দুনা য়াম্না তয়াং তশোইননা লৈখি ॥৮৫॥ মরমদি অহানবদা ভীমগী মকমদা মলোম থমদুনা মমাঙৈগী সুংঙাইথিদবদু নীঙশিংঙকতুনা অলায়ুধনা দুর্য্যোধনগী মকমদা ভীম শোয়দনা হাৎকনি হায়না রাশকখিবনি ॥৮৬॥ অদুগা দুর্য্যোধনসু অলায়ুধনা ভীমবু শোয়দনা হাৎপতারে হায়না মপূং ফানা বিশ্বাস অমদি আশা তৌরম্বনি। অদুগা ভীমনা লৈত্রবদা পাণ্ডবশিং অতৈসু মতম কুইনা জগত্ত লৈরগোই হায়বসিমসু দুর্য্যোধননা চপ য়ুংনা মপুক্লিংদা লেপ্পদুনা লৈরম্বনি ॥৮৭॥ ঘটোৎকচনা অলায়ুধবু লায়না হাৎখিবাস উবদা ভীমসু মাগী রাশক্ থুংখিবতারে হায়না দুর্য্যোধননা খনগ্রে ॥৮৮॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা ঘটোৎকচ বধগী মমুংদা অলায়ুধবধগী চাম য়াঙ্খে হুমদোইগুবা অধ্যায় লোইরে।

———

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুঃপঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

চাময়াখৈমরিশুবা অধ্যায়

( ঘটোৎকচ ভুবগী মতাং )

——:x:——

### সঞ্জয় উবাচ

নিহত্যালায়ুধং রক্ষঃ প্রহৃষ্টাত্মা ঘটোৎকচঃ । ননাদ বিবিধান্ নাদান্ বাহিন্যাঃ প্রমুখে তব ॥১॥
তস্য তং তুমুলং শব্দং শ্রুত্বা কুঞ্জরকম্পনম্ । তাবকানাং মহারাজ ! ভয়মাসীৎ সুদারুণম্ ॥২॥
অলায়ুধবিষক্তং তু ভৈমসেনিং মহাবলম্ । দৃষ্ট্বা কর্ণো মহাবাহুঃ পাঞ্চালান্ সমুপাদ্রবৎ ॥৩॥
দশভির্দশভির্বাণৈর্ধৃষ্টদ্যুম্নশিখণ্ডিনৌ । দৃঢ়ৈঃ পূর্ণায়তোৎসৃষ্টৈর্বিভেদ নতপর্ব্বভিঃ ॥৪॥
ততঃ পরমনারাচৈর্যুধামন্যূত্তমৌজসৌ । সাত্যকিঞ্চ রথোদারং কম্পয়ামাস মার্গণৈঃ ॥৫॥
তেষামপ্যস্যতাং সংখ্যে সর্ব্বেষাং সব্যদক্ষিণম্ । মণ্ডলান্যেব চাপানি ব্যদৃশ্যন্ত জনাধিপ ! ॥৬॥
তেষাং জ্যাতলনির্ঘোষো রথনেমিস্বনশ্চ হ । মেঘানামিব ঘর্ম্মান্তে বভুব তুমুলো নিশি ॥৭॥
জ্যানেমিঘোষস্তনয়িত্নুমান বৈ ধনুস্তড়িন্মণ্ডলকেতুশৃঙ্গঃ ।
শরৌঘবর্ষাকুলবৃষ্টিমাংশ্চ সংগ্রামমেঘঃ স বভুব রাজন্ ! ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ ! ঘটোৎকচনা অলায়ুধবু হাৎলবদা পাণ্ডবলান্মীশিংগী মমক্তা খোঙ্গ্রল রাংনা খোম্থাং তোংঙাল তোংঙাক্না সিংহনাদ লাউরকই ॥১॥ মহারাজ ! শামুশিং-মক্তী থপ্মোয়দা অকিবা মীপাইবা পোক্লীঙাই ওইরবা ঘটোৎকচগী খোল্লাউ তাবদা কৌরবলান্মীশিংগী থম্মোয়দা আকিবা পোকখ্রে ॥২॥ মসিগী মমাঙদা ঘটোৎকচগা অলায়ুধগা খেংনখিবা মরক্ অদুদা কর্ণ অসি পাঞ্চাল লান্মীশিংরোমদা চেন্‌শিনখিবনি ॥৩॥ মাদুগী লান্দা মহাক্না লীরী নাকোং মরুং কংনা চিংদুনা কাপ্‌খিবা তেল্ মথাম্না ধৃষ্টদ্যুম্ন—শিখণ্ডীদা কয়া কয়া চৈনা পীদুনা থাখি ॥৪॥ অদুদগী মহাক্না থৌর থৌরবা তেম্না যুধামন্যু, উত্তমৌজা অদুগা সাত্যকিদা থাদুনা মথোয়বু মিপাইহনখি ॥৫॥ মহারাজ ! মতম অদুদা মথোয় পুম্নমক্না কর্ণগী য়েৎলোম্ ওয়রোমদা লৈদুনা অত্তৎ অথম্ লৈতনা থৌর থৌরবা তেম্না তত্তনা কাপশিনখি । মথোয়গী লীরুংশিং অদু পুল্লপ্না য়েংবদা চক্র অমত্তগী মশক্ ওইনা উথি ॥৬॥ কালেম্থানা লোইপ্রবদা নোংনা খোং-ঙংবগী মতৌগুম্না ধৃষ্টদ্যুম্নচিংবা অকনবশিং অদুগী লীরী খীঙবগী খোঞ্জেল্না লালকমগী মায়গৈপুম্বা পূমযৌয়ৌনা তাখি ॥৭॥ মহারাজ ! লাল মশাঅদুমক নোং অমগী মতৌ ওইখি । মরমদি লীরী

তদদ্ভুতং শৈল ইবাপ্রকম্প্যো বর্ষং মহাশৈলসমানসারঃ।
বিষহ্যারাধাস্ত যুধে নতেহে। বৈকর্ত্তনঃ শত্রুগণাবমর্দী ॥৯॥
ততোঽস্তুলৈর্বজ্রনিপাতকল্পৈঃ শতৈঃ শরৈঃ কাঞ্চনচিত্রপুঙ্খৈঃ।
শত্রূন্ ব্যপোহৎ সমরে মহাত্মা বৈকর্ত্তনঃ পুত্রহিতে রতস্তে ॥১০॥
সংছিন্নভিন্নধ্বজিনশ্চ কেচিৎ কেচিচ্ছরৈরর্দ্দিতভিন্নদেহাঃ।
কেচিদ্বিসূতা বিহয়াশ্চ কেচিদ্বৈকর্ত্তনেনাশু কৃতা বভূবুঃ ॥১১॥
অবিন্দমানাস্ত্বথ শর্ম্ম সংখ্যে যৌধিষ্ঠিরং তে বলমভ্যপদ্যন্।
তান্ প্রেক্ষ্য ভগ্নান্ বিমুখীকৃতাংশ্চ ঘটোৎকচো রোষমতীব চক্রে ॥১২॥
আস্থায় তং কাঞ্চনরত্নচিত্রং রথোত্তমং সিংহ ইবোন্ননাদ।
বৈকর্ত্তনং কর্ণমুপেত্য-চাপি বিব্যাধ বজ্রপ্রতিমৈঃ পৃষৎকৈঃ ॥১৩॥
তৌ কর্ণিনালীকশিলীমুখৈশ্চ নারাচক্ষুরাসনবৎসদন্তৈঃ।
বরাহকর্ণৈঃ সবিপাঠশৃঙ্গৈঃ ক্ষুরপ্রবর্ষৈশ্চ বিভেদতুঃ খম্ ॥১৪॥

---

খীঙবা কাপথোক্লমকপগী মখোল্লা নোংগী মখোল ওইত্রে। কোয়না লৈনরকপা লীক্লংশিং অক্ষুনা নোংখাং পয়েং পয়েং ওইত্রে। পাইথরকপা তেল মপৈ মপৈনা নোংগী মরী অমমম্ ওইত্রে ॥৮॥ মহারাজ! চাউরবা চীঙজাওগুম্ মচি কারবা, চীঙগী মতৌগুম্ লেঙদ্রবা য়েক্লবা গুম্বা কর্ণনা অহানবা য়েক্লবশিংগুগী তেল্ ময়াম্ অক্ষুবু ককথৎখি ॥৯॥ মহারাজ পূক্চেল চাউরবা, কল্লবা মহারাজগী নচাঈবুংঙোশিংগী অকবা মঙ্গল ওইবত্থল্লবা কর্ণনা মখোক্ত সনা হৎলবা, থোরবা বজ্রগা মান্নবা কল্লবা, পান্দম্নীঙাই লৈতবা কল্লবা তেল মপৈ মপৈনা য়েক্লবশিংবু হাংপা হোৎকলে ॥১০॥ অদুগী তুংদা কর্ণনা কনা কনাগুম্বগীনা ফিরাল ককথৎলি, কনা কনাগুম্বগীনা মশাবু শিংগুপ্ শানা থিনগাই, কনাকনাগুম্বগীনা সারথিবু হাৎলি, অদুগা কনা কনাগুম্বা রথীশিংগীনা শগোলবু হাৎলি ॥১১॥ কর্ণনা মতৌ অসুম্না নৈয়কপসিদা খাঙবা গুমদক্ষুনা পাণ্ডবলাশ্মীশিংনা যুধিষ্ঠিরনা পুরিবা লাশ্মী তেঙ্গোল মরক অদুদা হোচ্চিনখি। অসুম তৌদুনা পাণ্ডবলাশ্মী ময়ান্না মমায় ওন্দুনা চেন্নরকপা অসি উবদা ঘটোৎকচ অসি থোইনা শাউত্রে। ॥১২॥ অদুদগী ঘটোৎকচনা সংলবা সনানা হৎলবা রথ মথক অদুদা তোংখত্তুনা লাউরদুনা গুংলদুনা, তেল মন্‌ম্ মন্‌ম্ কাপ্‌শিল্লক্তুনা কর্ণয়োমদা কুজিল্লক্ই অদুগা মাগী তেল অমমন্না বজ্রগা মান্নবশিং অক্ষুনা কর্ণদা কল্লা কল্লা থাবা হোৎকলে ॥১৩॥ মহাক্কী হিংচাবা লাশ্মী ময়ান্না উতোং হুৎপা, মতোন্দা খাঙথিন্দোক্পা (শঙ্গীন), য়েত্তুমমচীনশাবা, শন্নাউ ময়াশাবা, মচীনতুম্বা য়োৎকী চৈতুপ, গুকীমনাকোং শাবা য়োৎম্পাক মানবা, মচীনলোংবা ক্ষুরমচীনশাবা—অসিনচিংবা

তথাশবারাঙ্কতমন্তরীক্ষং তির্য্যগ্‌গতাভিঃ সমরে ররাজ।
সুবর্ণপুঙ্খজ্বলনপ্রভাভিঃ বিচিত্রপুষ্পাভিরিব স্রজাভিঃ ॥১৫॥
সমাহিতাবপ্রতিমপ্রভাবাবন্যোন্যমাজঘ্নতুরুত্তমাস্ত্রৈঃ।
তয়োর্হি বীরোত্তময়োর্ন কশ্চিদ্দদর্শ তস্মিন্ সমরে বিশেষম্ ॥১৬॥
অতীব তচ্চিত্রমতুল্যরূপং বভুব যুদ্ধং রবিভীমসূন্বোঃ।
সমাকুলং শস্ত্রনিপাতঘোরং দিবীব রাহ্বংশুমতোঃ প্রতপ্তম্ ॥১৭॥
ঘটোৎকচং যদা কর্ণো ন বিশেষয়তে নৃপ।। ততঃ প্রাদুশ্চকারোগ্রমস্ত্রমস্ত্রবিদাং বরঃ ॥১৮॥
তেনাস্ত্রেণাবধীত্তস্য রথং সহযসারথিম্। বিরথশ্চাপি হৈড়িম্বঃ ক্ষিপ্রমন্তরধীয়ত ॥১৯॥

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

তস্মিন্নন্তর্হিতে তূর্ণং কূটযোধিনি রাক্ষসে। মামকৈঃ প্রতিপন্নং যত্তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয় ॥২০॥

## সঞ্জয় উবাচ

অন্তর্হিতং রাক্ষসেন্দ্রং বিদিত্বা সংপ্রাক্রোশন্‌ কুরবঃ সর্ব্ব এব।
কথং নায়ং রাক্ষসঃ কূটযোধী হন্যাৎ কর্ণং সমরেঽদৃশ্যমনাঃ ॥২১॥

---

খুৎলায়মক্ত পাইথোক্‌হল্লক্ত্না নোংমদোন মকোয় অহু পূমকৃপ কৃপহনগ্রে ॥১৪॥ মতম্ অহুদা মখোয়গী তেলশিং অহুগী লংলবা তেন্নাশিং অহুনা অতৈ অতোপ অতোন্না খুৎলায়শিংগী মশেকমঙাল হুবু অমহোমদা কৈজেননা পুথোকখি। ৻ঙল মরী মরীশিং অহুনা নোংমদোস্থক্ত কোইরপ কোয়না কোয়না মশম্ মশমনা লৈবহুনা অতিয়া মকোয় অসি লৈ মচু মখল মখলগী মালা পক্লেনা লৈতেংখিবগুম্ উই ॥১৫॥ অতৈগা মান্নদনা কা হেন্না কল্লবা, মথৌনা লৈরিবা কর্ণ ঘটোৎকচ অনীসি অমনা অমবু জয় তোগে হায়না নীঙনখিহুনা মথা খাক্‌হোবা তোদনা লৈজ লৈজবা খুৎলায় পুথোরুহুনা অমনা অমদা কন্না থাজিনবা হোৌরকলে। অকনবা অনীসিগী মতুংদা কনানা খিৎ হেন্না কনবগে হায়বহু কনা অমতনা লেপ্পবা ঙমখিদ্রে ॥১৬॥ নোংমদোস্থক্তা মাহুগা সুমিৎকা তোনবগুম্না কর্ণ ঘটোৎকচ অনীগী লাল্ অসি, চাংদমনীঙায় লৈতবা অঙকৃপা কংনা অকিবগী মশক ওইবা লাঙ্গাও অমা ওইনা থোকগ্রে। অঙকৃপা খুৎলায় জাৎ জাৎ কাপথোকনরকপা, লাল অসি তমথিরবা অকিবগী মশক্ ওইরবা লাঙ্গাও অমা ওইগ্রে ॥১৭॥ মহারাজ! অস্ত্র শাস্ত্র পূন্নমক হৈরখঙলবা কর্ণনা ঘটোৎকচবু লাকচবা ঙমদবসিদা অকোনবদা কর্ণনা অকিবগী মশক্ ওইরবা খুৎলায় অমা পুথোকখি ॥১৮॥ খুৎলায় অহুনা, কর্ণনা ঘটোৎকচগী রথ, শগোল সারথি থোথোৎপা উফুল মরীক্ মরীক্ থোক্না মাঙহন্‌খি। রথ য়াওত্রবহুদা ঘটোৎকচ অসি অমুক মশক উথিদ্রে ॥১৯॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়:—সঞ্জয়! ঘটোৎকচনা মাঙথোকপ্রবা তুং অসিদা ঐগী কৌরব পক্ষগী লান্মীশিংনা কারি করি থবক পায়খৎখি? মাহু লোইনা হীয়ু ॥২০॥

সঞ্জয়না হায়:—মহারাজ! ঘটোৎকচনা মাঙথোকখিবহুদা কৌরবলান্মী পূন্নমক্না —"মান্না

ততঃ কর্ণো লঘুচিত্রাস্ত্রযোধী সর্বা দিশঃ প্রাবৃণোদ্বাণজালৈঃ ।
নৈবে কিঞ্চিৎ প্রাণভৃতাং ভূতং তমোভূতে ব্যোম্নি [illegible] ॥২২॥
নৈবাদদানো ন চ সন্দধানো ন চেষুধী স্পৃশমানঃ করাভ্যাম্ ।
অদৃশ্যতৈ লাঘবাৎ সূতপুত্রঃ সর্ব্বং বাণৈশ্ছাদয়ানোঽন্তরীক্ষম্ ॥২৩॥
ততো মায়াং দারুণামন্তরীক্ষে ঘোরাং ভীমাং বিহিতাং রাক্ষসেন ।
অপশ্যাম লোহিতাভ্রপ্রকাশাং দেদীপ্যন্তীমগ্নিশিখামিবোগ্রাম্ ॥২৪॥
ততস্তস্যাং বিদ্যুতঃ প্রাদুরাসন্নুল্কাশ্চাপি জ্বলিতাঃ কৌরবেন্দ্র ! ।
ঘোরশ্চান্যঃ প্রাদুরাসীৎ সুঘোরঃ সহস্রশো নদতাং দুন্দুভীনাম্ ॥২৫॥
ততঃ শরাঃ প্রাপতন্ রুক্মপুঙ্খাঃ শক্ত্যৃষ্টিপ্রাসমুষলান্যায়ুধানি ।
পরশ্বধাস্তৈলধৌতাশ্চ খড়্গাঃ প্রদীপ্তাগ্রাস্তোমরাঃ পট্টিশাশ্চ ॥২৬॥
ময়ূখিনঃ পরিঘা লোহবদ্ধা গদাশ্চিত্রাঃ শিতধারাশ্চ শূলাঃ ।
গুর্ব্যো গদা হেমপট্টাবনদ্ধাঃ শতঘ্ন্যশ্চ প্রাদুরাসন্ সমন্তাৎ ॥২৭॥
মহাশিলাশ্চাপতংস্তত্র তত্র সহস্রশঃ সাশনয়শ্চ বজ্রাঃ ।

---

হৈরবা ঘটোৎকচ যাওখোকপ্রে, মহাক্না ছৌজিক্ কর্ণবু হাৎলোইদোবসি কৈদনো ?" —অসুব হায়না পূমনিন্ নিম্না লাউনরকই ॥২১॥ অতগী তুংদা কল্লবা কর্ণনা খুৎলৈথ্‌না তেল মনম্মনম্ কাপ্‌শিল্লক্‌না তেম্বনা লাং অম শাখি। তেলগী লাং অহুনা কূপখিবদা নোংমদোন্ মকোয় অসি পূম্নম্ মমপ্রে। অহুনা জীবপানবা অমত নোংমদোনদা পাইবা চৎপা ওমজ্রে ॥২২॥ মতম্ অসিদা কর্ণনা কাপ্‌লকপসি—করম্ব মতমদা মখুৎ হাইগৎলক্‌না মনম্‌দা পোম্বিবা তেন্দোংদগী তেল, ছৎখিবা, করম্ব মতমদা তেঙ্গা খোংখিবা, করম্ব মতম্‌দা কাপ্‌খোক্‌প্রগা অমসু ছৎপা অসিনচিংবসি করিমতা তোঙাল তোঙাম্ম উবকংখিদ্রে। তেলগী লাং অম নোংমদোন থক্তা শাখি হায়খা অদুতনি ময়াম্ম উনখিবা ॥২৩॥ মম্লবা নোংমদোন্ অহুদা, ঙাঙলবা নোংজাবীগুম্ খোরকপা, মৈরিগুম্ চাক্লবা ঙাল্লবা, ঘটোৎকচগী ভোরকপা মায়াদো মীয়াম্মা পূম্ওক্ ঙক্লা উনখি ॥২৪॥ কৌরব শাগৈগী মহারাজ! ওহাক লৈম্নগা মায়া অহুগী মনু দা শাংলশাংলবা নোংথাং কূপ্‌লকই, শঙাইশেল ময়াম্ কাতু কারল পাইখোক পাইশিন্ তোরকই। পূংজাও লিশিং লিশিং য়েবগী মখোল অহুগা অকিবকংনা তম্‌খিরবা য়াক্লবা খোঞ্জেল কয়া তাখি ॥২৫॥ অহুগী তুংদা তেন সনানা তেম্মপানবা তেল কয়া-কয়া, থাঙ-তা, য়োচ্ছুক্, নুংশুক, শীংজং, থাউনা পূমলং লংনা তৈরবা থাঙশাং ময়া থৌনা পাক্লবা থাঙ, ঈয়ং লংবা য়োৎপাক—পূম্নমক্ অসি নোংমদোন থক্তগী মনম্মনম্ তারকই ॥২৬॥ মশেক মঙাল কল্লবা য়োৎকী লীকহো-কোলহো য়েৎলবা য়োচ্ছুক্-গদা মচীন থৌরবা তুম্লবা মচীন লোঙবা তা, সনা মপাক্-মপাক্ল য়োম্রবা গদা অমুমুক্ত মী চাম-চাম হাৎঙম্ব শাংলবা

চক্রাণি চানেকশতক্ষুরাণি প্রাদুর্ব্বভূবুর্জ্বলনপ্রভাণি ॥২৮॥
তাং শক্তিপাষাণপরশ্বধানাং প্রাসাসিবজ্রাশনিমুদ্গরাণাম্।
বৃষ্টিং বিশালাং জ্বলিতাং পতন্তীং কর্ণঃ শরৌঘৈর্ন শশাক হন্তুম্ ॥২৯॥
শরাহতানাং পততাং হয়ানাং বজ্রাহতানাঞ্চ তথা গজানাম্।
শিলাহতানাঞ্চ মহারথানাং মহান্ নিনাদঃ পততাং বভূব ॥৩০॥
সুভীমনানাবিধশস্ত্রপাতৈর্ঘটোৎকচেনাভিহতং সমন্তাৎ।
দৌর্য্যোধনং বৈ বলমার্ত্তরূপমাবর্ত্তমানং দদৃশে ভ্রমত্তৎ ॥৩১॥
হাহাকৃতং সংপরিবর্ত্তমানং সংলীয়মানঞ্চ বিষণ্ণরূপম্।
তে ত্বার্য্যভাবাৎ পুরুষপ্রবীরাঃ পরাঙ্মুখা নো বভূবুস্তদানীম্ ॥৩২॥ (যুগ্মকম্)
তাং রাক্ষসীং ভীমরূপাং সুঘোরাং বৃষ্টিং মহাশস্ত্রময়ীং পতন্তীম্।
দৃষ্ট্বা বলৌঘাংশ্চ নিপাত্যমানান্ মহদ্ভয়ং তব পুত্রান্ বিবেশ ॥৩৩॥
শিবাশ্চ বৈশ্বানরদীপ্তজিহ্বাঃ সুভীমনাদাঃ শতশো নদন্তীঃ।
রক্ষোগণানাম্ নর্দ্দতশ্চাপি বীক্ষ্য নরেন্দ্র। যোধা ব্যথিতা বভূবুঃ ॥৩৪॥
তে দীপ্তজিহ্বাননতীক্ষ্ণদংষ্ট্রা বিভীষণাঃ শৈলনিকায়াঃ।

---

তা—অসি পুম্নমক্ মায়কৈ মারদগী লংশিল্লকৃপা হৌরে ॥২৭॥ মক্ম্ মক্মদা পাক্চাউরবা নুং, নোংথাংগা লোয়নবা বজ্র লিশিং লিশিং মৈগী মতৌগুম্না চাক্লবা-লংলবা, থৌরবা থাঙ মচা-মচানা মশীঙ লাক্ঙমদ্রবা ময়া [মচীন] ওইনা পানবা চক্রনচিংবসি লালকম্ অক্তদা পাইশিল্লকৃই তারকৃই ॥২৮॥ থাঙ-তা, নু', নূ'পাক্, শীংজং হুন্ন তা-থিন্ন তা বজ্র, নোংথাং য়োচ্ছুক-নুংশুক ময়াম্ অসিনা পুল্লপ্ হৌহ্নুনা তারকৃপসিদা কর্ণনা মাগী তেল মপৈনা ঙাক্থোক্পা ঙম্শিল্লকদ্রে ॥২৯॥ তেন্না খীনা পাল্লবা শগোল, বজ্রনা খায়থরবা শামুমপৈ অহুগা নূ'দুম নুংপাক্লা উফুল থোক্লা নৈখায়রবা রথশিংহ্নুনা লৈমায়থক্তা তুথরকপগী মখোলহুমক্লা লালকম্ অহু পুমনিন নিনখ্রে ॥৩০॥ মতৌঅস্তুম্না ঘটোৎকচগী মায়ানা পুথোকপা অকিবগী মশক ওইরবা খুৎলায়শিং অসিনা ফুজিল্লকপা থারকপদা দুর্য্যোধনগী লাশ্মীশিং অহু অকনবা চৈনা কংহুনা মকোক্ ঙাওহুনা, হাহাকার লাউহুনা মমায় ওন্দুনা চেন্নরকলে; লৈকুৎ লৈক্রক্ত, কোম্দা চোংথনরকলে; চেনবা ঙমদহুনা পুথহুনা লৈরে, মাসিদা চেনক্রিবা হায়রবু মপা-মপুগী অচোবা শাগেগী সন্মান (ইজ্জৎ) ঙাকপা, মরিল লৈবা শিবা কিদবা, য়াম্না ভদ্র ওইবা, মপাঙ্গল কনবা নিপাত নিপা ওইবা খরত মঙায়হৌরে ॥৩১-৩২॥

মহারাজ! ঘটোৎকচনা চুথহল্লকলিবা খুৎলায়তগী নোংনা অতৎঅথম্ লৈত্তনা চুথরকপসিনা অহুগা কৌরবলাশ্মী পুম্নমক্লা লৈমায়থক্ত তুথনরকপা, থরোথরো ওনবহু উবদা মহারাজগী নচাঙ্গবুঙো-শিংসি ঙমথৈলৈত্তনা মিপাইদ্রে কিবনা থক্থক্ নিকনখ্রে ॥৩৩॥ মহারাজ ! ময়াদা মৈহৌরবা, দখয়াত্তগী মৈরি কাম্থোক্লবা, অকিবা ফংনা য়াম্না খোংলবা লমহুই চামচামনা লাক্ল-লাক্লা খোংজিল্লকলি। হিংচাবশিংনসু শাখি-শাখিনা লাউশিল্লকলি—মাহু উবদা কৌরবলাশ্মী পুম্বা লৈবা-থাঙবা ঙম্শিল্লকদ্রে ॥৩৪॥ নোংমদোম্বক্ত কোয়পায় পাইরিবা, মরৈ হাহা তন্নবা, মমাথ-মৈগুম্ ঙাওলবা-লংলবা, অকিবা

নভোগতাঃ শক্তিবিব্রুতহস্তা যেবা শশ্মুক্তিমিব বৃষ্টিমুগ্রাম্ ।৩৫।
তৈরাহতাস্তে শরশক্তিশূলৈর্গদাভিরুগ্রৈঃ পরিঘৈশ্চ দীপ্তৈঃ ।
বজ্রৈঃ পিনাকৈরশনিপ্রহারৈঃ শতঘ্নিচক্রৈর্মথিতাশ্চ পেতুঃ ।৩৬।
হলা ভুষুণ্ড্যোঽশ্মগুড়াঃ শতঘ্ন্যঃ স্থূণাশ্চ কার্ষ্ণায়সপট্টনদ্ধাঃ ।
অবাকিরংস্তব পুত্রস্য সৈন্যং ততো রৌদ্রং কশ্মলং প্রাদুরাসীৎ ।৩৭।
বিকীর্ণাস্ত্রা বিহতৈকস্তবাঙ্গৈঃ সংভগ্নাঙ্গাঃ শিশ্যিরে তত্র শূরাঃ ।
ছিন্না হয়াঃ কুঞ্জরাশ্চাপি ভগ্নাঃ সঙ্কুণিতাশ্চৈব রথাঃ শিলাভিঃ ।৩৮।
এবং মহচ্ছস্ত্রবর্ষং সৃজন্তস্তে যাতুধানা ভুবি ঘোররূপাঃ ।
মায়াসৃষ্টাস্তত্র ঘটোৎকচেন নামুঞ্চন্ বৈ যাচমানং ন ভীতম্ ।৩৯।
তস্মিন্ ঘোরে কুরুবীরাবমর্দ্দে কালোৎসৃষ্টে ক্ষত্রিয়াণামভাবে ।
তে বৈ ভগ্নাঃ সহসা ব্যদ্রবন্ত প্রাক্রোশন্তঃ কৌরবাঃ সর্ব্ব এব ।৪০।
পলায়ধ্বং কৌরবা নৈতদস্তি সেন্দ্রা দেবা ঘ্নন্তি নঃ পাণ্ডবার্থে ।

---

কংনা তৌরব-মরা চৌরবা, মশানা চীগুমুক চাউবা, মথুত্তা শাংলশাংলবা তা পায়বা, হিংচাবশিং অহুনা নোং চুথবগুম্ কৌরবলাম্মীশিংগী মথক্তা অকিবগী মশক ওইরবা খুৎলায় ময়াম্ অদু মরী ভত্তুনা, অত্তৎঅথম্ লৈক্তনা চুথহল্লকলে ॥৩৫॥ হায়রিবা তেল্, থাঙ, তা, গদা, য়োচ্ছুক, বজ্র, নোংথাং, বজ্র, চক্র মখোয়শিং অহুনা ফুজিন্‌বনা থাজিল্লকপদা কৌরবলাম্মীশিংহু মপৈমপৈ তুথনরকলে ॥৩৬॥ মহারাজ ! মক্রুক-মক্রুক লাউবা য়েস্তুম্, য়োৎকী-নুংগী গুলা (তুম্পাকতুম্বা মতম), চৈয়োং মানবা তা, মী চামচামবু কাওয়েং লেংহুনা হাৎপা য়াবা তা, য়োৎকী মচীওইবা (ইম্পাত) শরুক্তনা শাবা য়োৎ মপাকনা য়োচ্ছিল্লবা য়োচ্ছুক অসিনচিংবা অকিবগী মশক ওইরবা খুৎলায়শিং অসিনা কৌরব-লাম্মীশিংদা কয়া কয়া থাজিনবা হোয়কলে । অদুদগীদি কৌরবলাম্মী মপৈমপৈ তুথনখি । লৈহৌরিবা মখোয়সু জ্ঞান মাঙহুনা রাম্থনখ্রে ॥৩৭॥ মকোক ইতোইতোইনা কায়বা য়াওরি, মখোয়মারল মতৎমতৎ চোংথোরকপা য়াওরি, মখোঙ মথুৎনচিংবা চকচাং কায়াৎ তোঙাল তোঙায় মতৎমতৎ মচেৎমচেৎ তাবা য়াওরি । মমীৎমনা ভ্রোং ভ্রোং ওনখত্তুনা মখোঙ মথুৎ কাওহুনা শিঙম্‌নাঙমদনা ওহোইহুনা লৈবা য়াওরি । নুংগী য়োৎকী গুলাশিং অহুনা পানবদা মখোঙ মথুৎ শিংগুপ য়াল্লবা তৎলবা শগোল শাম্নুশিংনা লালকম লৈমায়ণক্তুদা মপৈমপৈ তাহুনা লৈরি ॥৩৮॥ ঘটোৎকচনা মায়ানা শাবা হিংচাবশিং অহুনা অকিবগী মূর্ত্তি লৌহুনা লালকম অহুদা কোয়চৎচত্তুনা, শিক্রিবশিং অহুবু মশম-মপাম্বোম পায়হুনা ঈ মরক অহুদা শ্রো-শ্রো লাক্তুনা চিংলি । মথুৎ লোয়হুনা, মথাইতদি কনবিয়ু হায়না হায়জরবা লাম্মীশিং অহু কাওবা ; মখোয়না হায়জবহু তাদনা হিংচাব-শিংনা তায় তায় হাৎলি ॥৩৯॥ কাল কৌবা লাইনা ক্ষত্রিয় অরুনবশিংগী মাঙনতাক্লনবগী মতম

। তথা তেষাং রুদতাং তারতাবাং তস্মিন্ দ্বীপঃ সূতপুত্রো বভূব ॥৪১॥

(যুগ্মকম্)

তস্মিন্ সংক্রন্দে তুমুলে বর্ত্তমানে সৈন্যে ভগ্নে লীয়মানে কুরূণাম্।
অনীকানাং প্রবিভাগেঽপ্রকাশে ন জ্ঞায়ন্তে কুরবো নেতরে চ ॥৪২॥
নির্ম্মর্য্যাদে বিদ্রবে ঘোররূপে সর্ব্বা দিশঃ প্রেক্ষমাণাঃ স্ম শূন্যাঃ।
তাং শস্ত্রবৃষ্টিমুরসা গাহমানং কর্ণং ত্বেকং তত্র রাজন্নপশ্যন্ ॥৪৩॥
ততো বাণৈরাবৃণোদন্তরীক্ষং দিব্যাং মায়াং যোধয়ন্ রাক্ষসস্য।
হ্রীমান্ কুর্ব্বন্ দুষ্করমার্য্যকর্ম্ম নৈবামুহ্যৎ সংযুগে সূতপুত্রঃ ॥৪৪॥
ততো ভীতাঃ সমুদৈক্ষন্ত কর্ণং রাজন্! সর্ব্বে সৈন্ধবা বাহ্লিকাশ্চ।
অসংমোহং পূজয়ন্তোঽস্য সংখ্যে নাপশ্যন্ বৈ বিজয়ং রাক্ষসস্য ॥৪৬॥

---

অদু য়োহল্লকলবদা মায়থীবা কংলবা; লৈহৌরিবা কৌরবলাম্নীশিং অমসমগ অস্তুম হায়না লাউ-নয়কই—"কৌরবলাম্নীশা! নথ্রাই হিংননবা নংননংনা চেন্নীওবা মকমদা চেন্নে! ময়াম অস্নে ওসি অমত লৈহৌরয়োই! ইন্দ্রনা লাইয়ামগা লোয়ননা হিংচাবগী মশক শাহুনা পাণ্ডবশিংগী দমক্ক কৌরবলাম্নীশিংবু তুম হাৎকদবগী তৌরি!" অস্তুম্না লাউন লাউনহুনা চেন্নবা কৌরব-লাম্নীশিংনা অরাব-অকিবগী ঈপাক্ক লূপ্লবা মতম অসিদা কর্ণনা ময়াম অহুগী লাম্হোক্লনবা পোথাননবা, ঈয়ায়পুংগী ঈথৎ অম ওইহুনা লেপখি ॥৪০-৪১॥ অকিবগী মশক কংলবা, তমথিধবা হিংচাবশিংগী লাল্লোং অসিনা অস্তুম্ চথরক্লবদা, কৌরবলাম্নী মানা মানা থুদোংচাবা য়েংহুনা চেন্ন লোৎনখ্রবদা, পক্ষ অনীমক্কী লাম্নীশিং কাওবা অমতা মশক উনখিদ্রে। অসিনা কৌরবকীনি অসিনা পাণ্ডবশিংগীনি হায়বা অমত মকম খঙনখিদ্রে ॥৪২॥ মহারাজ! নিয়ম য়াওদব; হিংচা-য়াইতম্বগী মশক্ উহন্দনা কাপ্থ লংথরক্পা, সুপীঅওাং য়েংদবা, অহিং সুংথিল খায়দবা, তমৃথিরবা লাল অসিদা মায়গৈ শলাই অমত মকম্ খঙদ্রে। হিংচাবশিং অহুনা পুল্লপ্না কর্ণ মথন্তুগী মথবাক্ থজীন তম্না কাপথলংথরকলি ॥৪৩॥ ঘটোৎকচবু হাৎপা ওমদবহুদা ঈকায়হুনা অচৌববংশদগী পোকপা ওইবনা ঈচঙথোবা অমনা তৌওমদবা থবক্ অসি মথং মথং পায়থৎলবা কর্ণনা ঘটোৎকচগী মায়া অহুতবু মাঙহল্লম্গে হায়না থন্দুনা নোংমদোন্থক্ অসি তেন্না পুমকুপ কুপহন্দুনা ঘটোৎকচপ্না থেংনরি। মতম অসি য়োরকাওবদা কর্ণগী থম্মোয়দ মিপাইবা অকিবা পোকত্রি, খোঙকমলেংদনা লৈরি-মমায় ওদ্রি ॥৪৪॥ মহারাজ! মতম অসিদ সিন্ধু অমদি বাহ্লীক দেশগী লাম্নীশিংনা কর্ণগী মরিল মথৌনা বিদ্যাবু অঙকপগা লোয়ননা কর্ণদা শংত্রিক শংনা য়েংহুনা লৈরি। মাগী অঈনকন্বা, লান্দা হাদবা, তপথবহুবু উরগা হন্না হন্না থাগৎলি। অদুবু ঘটোৎকচবু কর্ণনা

ততোৎসৃষ্টা চক্রযুক্তা শতঘ্নী সমং সর্ব্বাংশ্চতুরোঽশ্বান্ জঘান।
তে জানুভির্জগতীমন্বপদ্যন্ গতাসবো নির্দশনাক্ষিজিহ্বাঃ ॥৪৬॥
ততো হতাশ্বাদবরুহ্য যানাদন্তর্মনাঃ কুরুষু প্রাদ্রবৎসু।
দিব্যে চাস্ত্রে মায়য়া বধ্যমানে নৈবামুহ্যচ্চিন্তয়ন্ প্রাপ্তকালম্ ॥৪৭॥
ততোঽব্রুবন্ কুরবঃ সর্ব্ব এব কর্ণং দৃষ্ট্বা ঘোররূপাঞ্চ মায়াম্।
শক্ত্যা রক্ষো জহি কর্ণাদ্য তূর্ণং নশ্যন্ত্যেতে কুরবো ধার্ত্তরাষ্ট্রাঃ ॥৪৮॥
করিষ্যতঃ কিঞ্চ নো ভীমপার্থৌ তপন্তমেনং জহি পাপং নিশীথে।
যো নঃ সংগ্রামাদ্ঘোররূপাদ্বিমুচ্যেৎ স নঃ পার্থান্ সবলান্ যোধয়েত ॥৪৯॥
তস্মাদেনং রাক্ষসং ঘোররূপং জহি শক্ত্যা বৈ দত্তয়া বাসবেন।
মা কৌরবাঃ সর্ব্ব এবেন্দ্রকল্পা রাত্রিযুদ্ধে কর্ণ! নেশুঃ সযোধাঃ ॥৫০॥
স বধ্যমানো রাক্ষসা বৈ নিশীথে দৃষ্ট্বা রাজংস্ত্রাস্যমানং বলঞ্চ।
মহচ্চ শ্রুত্বা নিনদং কৌরবাণাং মতিং দধ্রে শক্তিমোক্ষায় কর্ণঃ ॥৫১॥

---

ভমগনি হায়বসিতদি মখোয়না মথাজখিদ্রে ॥৪৫॥ ঘটোৎকচনা লংগুকপা চক্রপানবা, শতঘ্নী কৌবা তা অমনা কর্ণগী শগোল মরি অদু হাৎখ্রে। শগোল মরিমক্ মমীৎমনা অমত মকম থগুদনা, শা-অশেম্বদৌনা, মতুপ মতুপ লৈমায়থক্ত তাখি। তুথবকপা মতমদদি খুরু খুদক কুম কুমা উকথুননা তুথমখি। লৈপাক হেক য়ৌবদা মচেৎ মচেং তোঙাল তোঙাম্ন তাখি ॥৪৬॥ শগোল লোইনা হাৎখ্রবদা, কৌরব লাম্মী পূম্বা কায়থুনা চেম্নরবদা, ঘটোৎকচনা মায়াগী পাম্বৈনা, কাম্মুম্বিবা তেল মখৈ অরেম্বদা তাহনখ্রবদা ; কর্ণ অসি মায়থোং লাংশিন্না রথদগী রাখল তৌন তৌন কুমখৈ। দেশকাল পাত্রগী মতুংইন্না তৌগদবা থবক্তী মরমদা কুপ্ন বিচার তৌরকলে। মতম অসিদা কর্ণসি জ্ঞান কারমত মাঙদে ॥৪৭॥ মতম অসিদ, ঘটোৎকচগী মায়াগী লালসি উবদা কর্ণরোমদা, ওনশিন্দুনা কৌরব লাম্মীশিংনা অস্নম হায়না লাউরকই :—"কর্ণ! কর্ণ! অম খম্বরনু, কাম্নরোই! নহাক্তী অমত ভায়রবা, অমাঙ অতা লৈত্রবা তা অদু শীজিন্নরো! নত্রবদি ভসিগী মুমিত্ত কৌরবলাম্মী পূম্বা তুমখিব তারে!" ॥৪৮॥ "ভীম-অর্জ্জুননা ঐখোয়দা কৈদৌরনি। পাপচেল্লবা হিংচাবা অসিত হাৎননবা তৌবিয়ু। মাবু হাৎখ্রবদি লৈহৌরিবা ঐ-খোয়সিনা পাণ্ডবশিংগা থেংনগনি" ॥৪৯॥ "অদুনা কর্ণ! অকনবা! ইন্দ্রনা পীবা ইন্দ্রগী তা অদুনা হিংচাবা অসিগী প্রাণ লৌননবা তৌবিরো। কৌরব লাম্মীশিং অসি অহিং অসিগী মনুংদা তুমখিদনবা অসিত তৌবিহো ॥৫০॥

মহারাজ! অহিংগী লাল অড়দা ঘটোৎকচনা আক্রমণ কম্না তৌশিল্লক্লবগুদা, কৌরব লাম্মীশিংনা কায়থুনা কিগুনা চেম্নবগু উবদা, অদুগা মখোয়গী নুংশি মুত্তোল্লবা অকপ অরাউগী খোঞ্জেল অদু তাবদা কর্ণনা মহাক্তী লুনা থমজরবা তা অদু শীজিন্নরগে হায়না খল্লকলে ॥৫১॥

স বৈ ক্রুদ্ধঃ সিংহ ইবাত্যমর্ষী নামর্ষয়ৎ প্রতিঘাতং রণে তম্।
[illegible]
যাসৌ রাজন্। নিহিতা বর্ষপূগান্, বধায়াজৌ সৎকৃতা ফাল্গুন
যাং বৈ প্রাদাৎ সূতপুত্রায় শক্রঃ শক্তিং শ্রেষ্ঠাং কুণ্ডলাভ্যাং নিম
তাং বৈ শক্তিং লেলিহানাং প্রদীপ্তাং পাশৈর্যুক্তামন্তকস্যেব জিহ্বাম্।
মৃত্যোঃ স্বসারং জ্বলিতামিবোল্কাং বৈকর্ত্তনঃ প্রাহিণোদ্রাক্ষসায় ॥৫৪॥
( যুগ্মকম্ )

তামুত্তমাং পরকায়াবহন্ত্রীং দৃষ্ট্বা সৌতের্বাহুসংস্থাং জ্বলন্তীম্।
ভীতং রক্ষো বিপ্রদুদ্রাব রাজন্! কৃত্বাত্মানং বিন্ধ্যতুল্যপ্রমাণম্ ॥৫৫॥
দৃষ্ট্বা শক্তিং কর্ণবাহ্বন্তরস্থাং নেদুর্ভূতান্যন্তরীক্ষে নরেন্দ্র!।
ববুর্বাতাস্তুমুলাশ্চাপি রাজন্। সনির্ঘাতা চাশনির্গাং জগাম ॥৫৬॥
সা তাং মায়াং ভস্ম কৃত্বা জ্বলন্তী ভিত্ত্বা গাঢ়ং হৃদয়ং রাক্ষসস্য।
ঊর্দ্ধং যযৌ দীপ্যমানা নিশায়াং নক্ষত্রাণামন্তরাণ্যাবিশন্তী ॥৫৭॥
যুদ্ধা চিত্রৈর্বিবিধৈঃ শস্ত্রপূগৈর্দিব্যৈর্বীরো মানুষৈ রাক্ষসৈশ্চ।
নদন্ নাদান্ বিবিধান্ ভৈরবাংশ্চ প্রাণানিষ্টাংস্ত্যাজিতঃ শক্রশক্ত্যা ॥৫৮॥

---

নোংশাগী মতৌগুম্বা কর্ণনা মীনা লাকচবগুদা খাঙবা ভমখিদ্রগুনা, অশা[illegible] ঈনা মীত্তা কাখিদুনা, ঘটোৎকচবু মহাৎলগে হায়না খন্দুনা ইন্দ্রনা পীরম্বা বৈজয়ন্তী কৌ[illegible] থক্ পায়খৎলকই ॥৫২॥ মহারাজ! তা অসি মমাংঙেদা কর্ণনা মাগী মনাকো[illegible] [illegible]পদগী চিল্লকপা কুণ্ডল নাইন অনীগ্ন ইন্দ্রদা পীথোক্লগা তা অসি ইন্দ্রদগী ফংখিবনি। [illegible] অর্জুনবু হাৎননবা, কনাগুম্বা অমত্তদ শিজিন্নদনা মতম কুইনা লুনা তেন্দোংদা [illegible]। তা অসি নুমিৎ চুপ্পা মরৈ তমথোকতুনা লৈগুম তৌই। ঈরং লংডি, মমৈ পা[illegible], [illegible] হায়বা লাই অত্তুগী মচন্ নুপীনি হায়বা য়াই। অত্তুগুম্বা চাক্লবা শঙাই[illegible] [illegible]গুম্বা তা অসি পায়খৎতুনা কর্ণনা ঘটোৎকচরোমদা লংশিল্লকই ॥৫৩-৫৪॥ মহারাজ! [illegible] অসিদা মৈগী মতৌগুম চাল্লব', তেজ লৈরবা, অতোপ্পগী থম্মোয় হকচাং[illegible] [illegible]গী মশক ওইরবা তা অসি উবদা ঘটোৎকচ অসি কিবনা থকথক্ নীকতুনা [illegible] বিন্ধ্য চীংজাউগী মতৌগুম্না পুদক্কা চাউখোকখি ॥৫৫॥ মহারাজ! আকাশদা লৈরা [illegible] কিন্নরশিংনা তা অদু উবদা মায়কৈ পুম্বদগী হাহাকার লাউনরকই। নোংমদোন [illegible] নুংশিৎ নোংলৈ কন্না হুম্নকই। লৈমায়থক্তা বজ্র তাবগুম য়াক্লবা কল্লবা [illegible] থকথক নীকখি ॥৫৬॥ তা অসিনা পাইশিল্লকতুনা ঘটোৎকচগী মায়া পুম্বা [illegible] ঘটোৎকচগী থাজীন্দগী ফাওদৎখিত্তুনা নোংমদোন মথকতা নক্ষত্র লোক য়ৌনা [illegible] ॥৫৭॥ কল্লবা ঘটোৎকচ অসি লাসফমদ', তাইবং মীগী, হিংচাবগী, লাইগী লাল্লোং পুম্বা [illegible] শীজিন্নরগা, তা অদুনা থিন্‌খিবদগী লাউ খোংদুনা, ইন্দ্রগী শক্তিদগী তাংলবা থয়াই[illegible] থাদোকলগা সংসারদগী চৎখ্রে ॥৫৮॥

ইদঞ্চাপ্যদ্ভুতমাশ্চর্য্যরূপং চকারাসৌ কর্ম্ম শত্রুক্ষয়ায়।
তস্মিন্ কালে শক্তিনির্ভিন্নমর্ম্মা বভৌ রাজন্! শৈলমেঘপ্রকাশঃ।৫৯।
ততোঽন্তরীক্ষাদপতদ্‌গতাসুঃ স রাক্ষসেন্দ্রো ভুবি ভিন্নদেহঃ।
অবাক্‌শিরাঃ স্তব্ধগাত্রো বিজিহ্বো ঘটোৎকচো মহদাস্থায় রূপম্।৬০।
স তদ্রূপং ভৈরবং ভীমকর্ম্মা ভীমং কৃত্বা ভৈমসেনিঃ পপাত।
হতোঽপ্যেবং তব সৈন্যৈকদেশমপোথয়ৎ স্বেন দেহেন রাজন্! ।৬১।
ততো মিশ্রাঃ প্রাণদন্ সিংহনাদৈর্ভের্য্যশ্চ শঙ্খা মুরজাশ্চানকাশ্চ।
দগ্ধাং মায়াং নিহতং রাক্ষসঞ্চ দৃষ্ট্বা হৃষ্টাঃ প্রাণদন্ কৌরবেয়াঃ।৬২।
ততঃ কর্ণঃ কুরুভিঃ পূজ্যমানো যথা শক্রো বৃত্রবধে মরুদ্ভিঃ।
অন্বারূঢ়স্তব পুত্রং রথস্থং হৃষ্টশ্চাপি প্রাবিশৎ স্বং স সৈন্যম্।৬৩।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
ঘটোৎকচবধে ঘটোৎকচনিপাতে চতুঃপঞ্চাশদধিক-
শততমোঽধ্যায়ঃ।০। *

---

মহারাজ! ঘটোৎকচ তুখিবা নুমিৎ অসিদা অঙকপা, শ্বাইদগী তোত্তোপ্প ঘটনা অমগা থোক্‌খি। কর্ণগী তা অদুনা থম্মোয় খিন্‌গাইরবা ঘটোৎকচ অসি চাউরবা চীঙজাও অমদি পাক্লবা নোং মপাক অমগী মওং লৌদুনা নোংমদোনথক্ত পাইশংখি॥৫৯॥ ডহাক লৈরগা হকচাং মচেৎ মচেৎ থোক্না কায়রবা হিংচাবা অথোইবা ঘটোৎকচ অসি রাংচাউরবা মূর্ত্তি অম ওইদুনা, মথ্বাই য়াওদনা, মমায় লৈথা ওন্না, মরৈ তিংথোকতুনা নোংমদোন্থক্তগী তারকই। হকচাং অদু তুমন্না লেভদনা তাদুনা লৈখি॥৬০॥ মহারাজ! অকিবা অঙকপা থবক্ত তৌরবা ঘটোৎকচনা অকিবগী মূর্ত্তি পুদুনা তারকপা মতমদা লুল্লবা মাগী মশানা নন্‌বদা লুপ্পন্‌খিরবা কৌরবলাম্নী তেঙ্গোলদুগী চাউরবা শরুক অম অদুম্ পুমতোই তোইরে॥৬১॥ ঘটোৎকচ শিখিবসিদা নুংঙাইমন্‌খিদুনা কৌরবপক্ষগী সিংহনাদ লাউনবগী খোঞ্জেনগা পুংশেল যন্ত্রনাচিংবগী খোঞ্জেলগা অমত ওইনা তিন্নথ্রে। কৌরবলাম্নী পুম্বা গরাওতয়াম্না নোকখেদুনা জগোঙ্গশানা সিংহনাদ লাউনখি॥৬২॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা বৃত্রাসুরবু হাৎলবতুংদা লাইয়াম্না ইন্দ্রগী লৈশি লৈথোন্‌খবদুগুম্না কৌরবলাম্মশিংনা কর্ণগী লৌশ লৈথোনখি। মতুং অদুদা কর্ণনা রথ মথক্ত তোংদুনা চৎলিবা দুর্য্যোধনগী তুংদা রথতুমক্তদা আসন● অমতদা ফম্মিন্নদুনা য়াম্না নুংঙাইনা পুক্নীং মকারাম্না মহাক্কী লাম্নীতেঙ্গোল মরক্ত চঙ্‌শিনরে॥৬৩॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলাখশংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা "ঘটোৎকচবধ"গী মখুংদা "ঘটোৎকচ নিপাতন"গী চাময়াঙ্খেমরিশুবা অধ্যায় লোইরে॥*॥

মতুং অসিদা মণিপুরী মহাভারতকী তরানিথোইশুবা খণ্ড লোইজরে।